# শ্রীমদ্ভাগবতম্

অনীশুবা স্কন্ধ





কৃষ্ণকৃপামূর্তি শ্রীল অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ

আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘের প্রতিষ্ঠাতা-আচার্য

# SRĪMAD BHĀGAVATAM

*Śrīmad-Bhāgavatam*, an epic philosophical and literary classic, holds a prominent position in India's voluminous written wisdom. The timeless wisdom of India is expressed in the *Vedas*, ancient Sanskrit texts that touch upon all fields of human knowledge. Originally preserved through oral tradition, the *Vedas* were first put into writing by Śrīla Vyāsadeva, "the literary incarnation of God." After compiling the *Vedas*, Śrīla Vyāsadeva was inspired by his spiritual master to present their profound essence in the form of *Śrīmad-Bhāgavatam*. Known as "the ripened fruit of the tree of Vedic literature," *Śrīmad-Bhāgavatam* is the most complete and authoritative exposition of Vedic knowledge.

After writing the *Bhāgavatam*, Vyāsa taught it to his son, Śukadeva Gosvāmī, who later spoke the *Bhāgavatam* to Mahārāja Parīkṣit in an assembly of sages on the bank of the sacred Ganges River. Although Mahārāja Parīkṣit was a great *rājarṣi* (saintly king) and the emperor of the world, when he learned he would die in seven days, he renounced his entire kingdom and retired to the bank of the Ganges to seek spiritual enlightenment. The questions of King Parīkṣit and Śukadeva Gosvāmī's illuminating answers, concerning everything from the nature of the self to the origin of the universe, are the basis of *Śrīmad-Bhāgavatam*.

This edition of *Bhāgavatam* is the only co
English translation with an elaborate and sc
commentary, and it is the first edition widely
ble to the English reading public. This wo
product of the scholarly and devotional effc
Divine Grace A. C. Bhaktivedanta Swami
pāda, the world's most distinguished te
Indian religious and philosophical thou
Sanskrit scholarship and intimate familia
Vedic culture combine to reveal to the We
nificent exposition of this important class

With its comprehensive system of prov
original Sanskrit text, roman translitera
cise word-for word equivalents, a luci
translation and a comprehensive comm
will appeal to scholars, students and lay
The entire multivolume text, presente
Bhaktivedanta Book Trust, promises to
significant place in the intellectual, cu
spiritual life of modern man for a long time to come.

শ্রীশ্রীগুরু গৌরাঙ্গী জয়।

শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাস

কী

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ্ সদসৎ পরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম্॥

শ্রীমদ্ভাগবতম্ ২।৯।৩৩

No...............

PRICE 150/-

# BOOKS By
# His Divine Grace
# A. C. Bhaktivedanta Swami Prabhupada

Bhagavad-gita—As It Is
Srimad-Bhagavatam, Cantos 1—10 (30 Vols)
Sri Caitanya-caritamrita (17 Vols)
Teachings of Lord Caitanya
The Nectar of Devotion
The Nectar of Instruction
Sri Isopanisad
Easy Journey to Other Planets
Krsna Consciousness: The Topmost Yoga System
Krsna, the Supreme Personality of Godhead (3 Vols.)
Perfect Questions, Perfect Answers
Dialectical Spiritualism—A Vedic View of Western Philosophy
Teachings of Lord Kapila, the son of Devahuti
Transcendental Teachings of Prahlad Maharaja
Krsna, the Reservoir of Pleasure
The Science of Self-Realization
Life Comes From Life
The Perfection of Yoga
Beyond Birth and Death
On the Way to Krsna
Geetar-gan (Bengali)
Raja-vidya: The King of Knowledge
Elevation to Krsna Consciousness
Krsna Consciousness: The Matchless Gift
Back to Godhead Magazine (Founder)

---

Readers interested in the subject matter of this book are invited by the International Society for Krishna Consciousness to correspond with its Secretary at ISKCON, Airport Road, Imphal.

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## অনীশুবা স্কন্ধ

## জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী শক্লোন উৎলকপা

কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি

**শ্রীল অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ**

আন্তর্জাতিয় কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘবু লিংখৎপীরম্বা আচার্য্যনা

ইবা

সংস্কৃতগী মূলশ্লোক, শাইহৈগী অর্থ, শ্লোকী অথ, অমসুং নেনবোলগা কোম্নরবা ইংরাজীগী SRIMAD FHAGAVATAM গী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা—শীতলজিৎ সিংহ



ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাষ্ট

ইম্ফাল, শ্রীমায়াপুর, বোম্বে, নিউয়োর্ক, লস এঞ্জেলেস, লণ্ডন, সিডনি, প্যারিস, রোম, হোংকোং

ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাস্টকীদমক
শ্রীনগোলশেম ইবোচৌবা সিংহনা
ফোংদ্রক্লা।



অহানবা খুংনম ঃ
শোক ১৯৯৫
কোপী ২০০০

স্বত্ব পুন্নমক ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাস্টকীনি ঃ

শ্রীমৎ ভক্তিস্বরূপ দামোদর স্বামী
জি, বি, সি, মণিপুরগীদমক
শ্রীবনমালী দাসনা
শ্রীগোবিন্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
হরে কৃষ্ণ লেণ্ড, এয়ারপোর্ট রোড,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১ দা নম্মজবা ঃ

ভিক্ষা ঃ

# য়াওফম তাকপা

**হীরম** **লামায়**

রামাঙ য়ানবা

রাহৌদোক

অহানবা অধ্যায়

## ঈশ্বর খণ্ডবগী অহানবা খোঙথাং

মনিশুবা অধ্যায়

## থম্মোইনুংদা লৈরিবা ঈশ্বর



অষ্টমশুবা অধ্যায়

## অশেংবা ভক্তি প্রেমসেবা

মরিশুবা অধ্যায়

# লৈশেম্বগী থৌওং

মঙা শুবা অধ্যায়

## সর্ব্বকারণকারণম্



তরুকশুবা অধ্যায়

## পুরুষসূক্তবর্ণন ১৭৩

—:✿:—

# গ্রন্থকারগী পরিচয়

শ্রীকৃষ্ণকৃপাগী মূর্ত্তি ওইবা অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ শোক ১৮৯৬ তা কলিকাতাদা পোকই। শোক ১৯২২ দা মহাক মাগী গুরুদেব শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী ঠাকুরগা অহানবা ওইনা কলিকতাদা উনখি। শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুরগী মতম অদুগী পণ্ডিত অমা অদুগা থ্বাইদগী হেনবা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইরম্মী, মহাক্না গৌড়ীয় মঠ লিংথোকপা নি ভারতকী পুম্নমক শহরদা মন্দির ৬৪ থক লিংখি। নহা ওইনা মহৈ মশীং হৈরবা প্রভাচন্দ্র অদুবু মানা যাম্না যাবম্মী অদুগা বৈদিক জ্ঞান তানশিন্নবগীদমক স্বাবু য়াম্না থোগৎলম্মী। শ্রীল প্রভুপাদনা মাগী শিষ্য ওইবা পানখি অদুগা চহী ১১ লৈরগা শোক ১৯৩৩ দা এলাহাবাদ সহরদা মহাক যজ্ঞ অনুষ্ঠান তৌদুনা গুরুসিদগী দীক্ষা লৌখি।

শোক ১৯২২ দা অহোঙ্বা অনী অহানবদা উনখিবা মতমদা শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুরনা শ্রীল প্রভুপাদদা ইংরাজী লোন্দা বৈদিক জ্ঞান প্রচার তৌনবা হায়রম্মী। শ্রীল প্রভুপাদনা গৌড়ীয় মঠকী থবক্তা মতেং পাংদুনা লেরম্মী অদুগা বৈদিক শাস্ত্র গ্রন্থশিংদগী থ্বাইদগী মক ওইবা গ্রন্থ শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী ভাষ্য হায়রম্মী। শোক ১৯৪৪ দা *"Back to Godhead"* কৌবা ইংরাজী লোনগী থাথায় ছে থোঙবা হৌখি। মহাক মশানন্না থৃংইশিংদু টাইপ তৌই, সম্পাদন তৌই, প্রুপ য়েংই, ছেপ্ ছৃশিনদু মখামদা থেম্থোকই অদুগা ছেদু খোঙথনবা অরাবা থিবির থাদুনা হোৎনৈ।

শ্রীল প্রভুপাদকী দার্শনীক তত্ত্বজ্ঞান অমসুং ভক্তি যাবগী থুদম ওইনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সমাজনা শোক ১৯৪৭ তা মহাক, ভক্তিবেদান্ত হায়না উপাধি পীদুনা নৈতৌখি। শোক ১৯৫০ দা মশাগী চহীনা ৫৪ শুবদা শ্রীল প্রভুপাদ সংসার জীবনদগী পোংথাবে। অদুদগী চহী মরী লৈরগা মহাক লাইরিক নৈনবগী অমসুং লেংবগী থবক্তা হেন্না পুক্নীং থিজিন্নবগীদমক বানপ্রস্থ আশ্রমদা চংঙী, অদুদগী মতম খরা লৈরগা বৃন্দাবন শহরদা থোঙদাখি। মফমদুদা লিরবা শ্রীশ্রীরাধাদামোদরগী মন্দিরগী কা অমদা মহাক চহী কয়ামুক গাম্ভীর্য অধ্যয়ন তৌরি। অমদি লাইরিক লেংবনা চৎবা থবক্তা লুপ্লুনা লৈরম্মী। শোক ১৯৫৯ দা মহাক সন্ন্যাস আশ্রমদা চংঙী। শ্রীশ্রীরাধাদামোদরগী মন্দিরদা শ্রীল প্রভুপাদ *"Easy journey to other planets"* কৌবা লাইরিক লেখি অদুগা মাগী পুন্সিগী খুদোল ওইবা শোক লীশিং তানিপাল যাওবা, বৈদিক সাহিত্য পুম্নমক্কী সার (১৮) শ্রীমদ্ভাগবতমগী ইংরাজী অনুবাদ ভাষ্যগা লোয়নন থবক অদু তৌবি।

শ্রীমদ্ভাগবতমগী খণ্ড অহুম থোংডলপা মতুংদা শ্রীল প্রভুপাদনা মহাক্কী গুরু মহারাজগী ইচ্ছাবু পাংথোক্নবা হায়না শোক ১৯৬৫ দা আমেরিকাদা থোঙদাখি অদুগী তুংদা শ্রীল প্রভুপাদনা ভারতকী দর্শন অনাদি ধর্মতত্ত্বগী সার বাখল শাস্ত্রগ্রন্থ পুম্নমক্কী প্রমাণিক ওইবা অনুবাদ ভাষ্য অমসুং মূল ভাবনা লায়নন্না লাইরিক ৮০ থক লেখি। মাহাক পুবা জাহাজ অমদা লৈদুনা মহাক্না নিউ য়োর্ক সহরদা অহানবা থুংবদা মপুংদা শেল মনা মখা যাওরমদে। অদুবু মানা য়াম্না রানা হোৎনরবা মতুংদা শোক ১৯৬৬ কী জুলাই থাদা 'আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘ' লিংথোকখি। শোক ১৯৭৭ তা মহাক্না থুপালৈগী মমাং যাওবা মহাক মশামক্না সংঘ অসি চলাইরম্মী অদুগা চামদগী হেনবা মশাংগী মন্দির, আশ্রম, স্কুল অমসুং ফাম কমিউনিটিগা লোয়নন্না সংঘসিবু আন্তর্জাতিক প্রতিষ্ঠান অমা ওইহল্লম্মী।

শোক ১৯৬৮ দা শ্রীলপ্রভুপাদনা আমেরিকাগী ওয়েস্ট ভার্জিনিয়াগী চীঙ লমদমদুদা "অনৌবা বৃন্দাবন" কৌবা বৈদিক সম্প্রদায় অমা চাংয়েং ওইনা লিংলম্মী। একর ২০০০ রোমগী লমদমদুদা অনৌবা বৃন্দাবন কৌবদুনা মহৈ যাম্লবদা মদুনা শ্রীইনশিন্দুনা মাগী শিষ্যশিংনা আমেরিকাদা অদুগা অতৈ অতৈ দেশ শহরদা অনৌবা বৃন্দাবনগুম্বা কয়ামকম লিংখি।

শোক ১৯৭৫ দা বৃন্দাবন্দা শ্রীল প্রভুপাদনা কৎপা যৌনা ফজরবা "কৃষ্ণ বলরাম মন্দির" অদুনে অদুগা আন্তর্জাতিক অতিথিসালানে অনীদু শঙ্গাখি। শোক ১৯৭৮ দা জুহুদা বোম্বাইগী সমুদ্র তোর্বান্দা একর মরি পাকপা লমদা মন্দির হৌজিকালগী প্রেক্ষাগৃহ, ফজরবা অতিথিশালা অদুগা শা-ঙা য়াওদবা চারেন শঙগা (নিরামিষ ভোজনশালাগা) কোন্ননা পাক চাউরব সংস্কৃতিক কেন্দ্র অমা লিংখৎলি। শ্রীলপ্রভুপাদনা খ্বাইদগী হেন্না পামজখিবা পরিকল্পনাদি নোংচুপ বংলাগী মায়াপুরদা কৃষ্ণভক্ত লীশিং ৫০ রোমগী বৈদিক সহর অমা শেমগৎপনি। শ্রীধাম মায়াপুরগী নগরী অসি ঙসিদগী চহী লীশিং ৫ ফাওবা পৃথিবীগী খ্বাইদগী থোইবা সংস্কৃতি, বৈদিক জীবনধারাগী খুদম ওইনা পৃথিবী পুম্বগী ফিদমফম ওইরগনি।

অসিদগী হেন্দোক্লুনা শ্রীল প্রভুপাদনা নোংচুপকী জগৎতা বৈদিক প্রথাগী মতু ইনবা প্রথমিক অমসুং মধ্যমিক শিক্ষা পীনবা থৌরাং তৌরম্মী। শোক ১৯৭২ দা মহাক্না অহানবা গুরুকুল (গুরুদেবগী মীৎয়েং মখাদা পারমার্থিক জ্ঞান ফংনবা আশ্রম) লিংখৎখি; অদুবু মরকসিদা পৃথিবীগী মফম মফম কয়াদা অসিগুম্বা গুরুকুল য়াম্না লিংখৎলে অদুগা বিদ্যার্থী লীশিং লীশিংনা গুরুকুলশিংদুদা পারমার্থিক জ্ঞান ফংলি।

শ্রীল প্রভুপাদগী খ্বাইদগী হেন্না শীঙথানভাই ওইবা খুদোনদি মহাক্না লেংলম্বা লাইরিক ময়ামসিনি। পণ্ডিত সমাজনা দিব্যজ্ঞানগী ওইবা লাইরিকশিংগী প্রমাণিকত (মরা চৎপা য়াবা) গভিরতা (য়েনা লুপবা) অমসুং সরলতা (চম্বা) খিবিকসিবু শ্রদ্ধাভক্তিগা লোয়ননা য়াথিরি; অদুগা লাইবিকশিংসিবু বিশ্ববিদ্যালয় অয়াম্বদা পাঠ্যপুস্তক (তম্মনবা লাইরিক) ওইনা লৌখৎলি অদুগা প্রভুপাদগী লাইরিক-শিংসে তোঙান তোঙানবা লোল ৩২ দা হন্দোকখ্রে। প্রভুপাদগী লাইরিকশিং ফোংনবগীদমক ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাষ্ট কৌবা প্রতিষ্ঠান অমা শোক ১৯৭১ দা লিংখৎলম্বসি হৌজিক ভারতীয় ধর্ম্ম অমসুং দর্শনগা মরী লৈনবা খ্বাইদগী চাউবা লাইরিক ফোঙনবা প্রতিষ্ঠান অমা ওইরে। শ্রীল প্রভুপাদগী ইংরাজী অনুবাদ অমসুং ভাষ্য য়াওনা বাংলা লোনগী রাষ্ট্রীয়গ্রন্থ শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অদু খণ্ড ১৭ থোকনা ফোংলে। শ্রীল প্রভুপাদনা মসি ইবদু থা ১৮ তগী মনুঙদা লোইশনখিরম্মী। অসুক অহল ওইরবা শ্রীল প্রভুপাদনা চহী ১১ সিগী মনুঙদা মহাদেশ তরুকী মফমদা ভগবৎ তত্ত্বজ্ঞানগী মরমদা ভাষণ পীবগীদমক পৃথিবীদা ১৪ রক হন্না কোয়রম্মী। অসুক কনবা থৌরম লৈনা লৈনমক শ্রীল প্রভুপাদনা মাগী লাইরিক লেংবগী থবকসু কন্না চৎথখিরম্মী। মহাকী লাইরিকশিংদি বৈদিক দর্শন, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী লাইরিকশঙনি।

শোক ১৯৭৭ কী নবেম্বরগী ১৪ দা শ্রীল প্রভুপাদ শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা থুপখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরাহৈ "পৃথিবীতে আছে যত নগরাদিগ্রাম। সর্ব্বত্র প্রচার হইবে মোর নাম।" পৃথিবীসিদা লৈরবা নগর পুম্বদা ঐগী নাম প্রচার ওইগনি।" অসিবু মহৈ য়ান্নবগীদমক মহাক্না মালেমদা লেঙথরক্লম্বনি, অদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরাহৈবু শন্দোক্লুনা জগৎ পুম্বা ভগবানগী থোঙ শম্বানদা চংহন্দুনা অমৃত মশক ওইবা লম্বীদু তাকপীরম্মী। পৃথিবীগী মীশিংনা সংসার বিষয়গী পুন্সিদা অরেম্বনি হঙবা ঙম্বা পারমার্থিক জীবন লেললকপা মমিৎতা শ্রীল প্রভুপাদগী পীরম্বা খুদোলগী মশক থরাই যাংনা খঙবা ঙমগনি. অদুগা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মরায় লুক্লবা পুকচেলদা মহাক্কী খুয়া থম্বালদা খুরুমজগনি। শোক ১৯৭৭ তা মহাক শ্রীধাম বৃন্দাবনদা থুপখ্রে, অদুবু ঙসিসু মহাক মাগী অমৃত-ময় গ্রন্থগী মনুঙদা ভগবান্গী বাণী মনুঙদা মূর্ত্তি লৌদুনা লৈবি। মাগী শিক্ষানা থম্মোই ঙানজরম্বা হায়বদু ওইদুনা ভগবানগী নাক য়োনীংবা মীশিংবু লনজীংবিনবা মহাক মতম পুম্নমক্তা মীশিংদুগী থম্মোই লকাদা ঙাম্মোইদুনা লৈগনি হায়বসে ঐখোয় খঙভী।

# রামাঙ য়ানবা

হৌজিক্কী মীওইবা সমাজগী দরকার ওইবা করিনো হায়বসি ঐখোয়না খঙজিনবা তঙাইফদে। দরকার ওইবিবসি করিনো? ঙসিদি মীওইবা সমাজ অসি অকক্লবা নোবাক নংত্রগা জাৎতি কাঙলুপ অমগী লমগী ঙমখৈনা কোনশিন্দুনা থম্না ঙমদ্রে। ময়াম ওইবা যুগকী সমাজদগী হৌজিক্কী সমাজ অসিনা পাকচাউবা য়াম্না হেল্লে অমসুং হৌজিক ময়াম্না খোরাংনা পাম্নরিবসি পৃথিবী পুম্নসি পুল্লগা নৈপাক অমথক্তুং ওইহনবা নংত্রগা মীওইবা সমাজ অমতং লিংবা অসিনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী পাউতাক মতু ইন্না আধ্যাত্মিক সমাজ অমা শেমগৎপগী কিদমদি মীওইবা পুম্নসি অমথক্তা ওইবসিনা যুক্ষম ওইবনি; মীওইবা থক্তীদা নত্তে জীব সমাজ পুম্নমক অমতা ওইনবগী থোরাংনি। অসিগুম্না ফিদম অসি মায়পাক্লা শেমগৎপগী তঙাইফদবসি মতীক মগুণ লৈববা রাথল থনবা মীশিংগী পুক্নিংদা ফাওনরম্নবনি। শ্রীমদ্ভাগবতমনা মীওইবা সমাজগী অরাংপদু মেনখৎকনি। অসিগুম্না অপুনবা আধ্যাত্মিক সমাজ অমা শেমগৎপগী অহৌবদি বেদান্ত দর্শনগী জন্মাদ্যস্য যতঃ হায়বা সূত্রদগী হৌবনি।

ঙসি মীওইবা সমাজসি জ্ঞান য়াওদবগী অমম্বনা কুপ্পুনা থম্না ঙমদ্রে। সংসারগী নুংঙাইবা ফংনবা লম্বী, মহৈ মশিং তম্না অমসুং শেলথুমগী ফিভম যগৎনবা হোৎনবরোমদদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা য়াম্না থুনা থুমাঙ চাওশল্লক্লে। অদুবু সমাজসিগী করম্না মনমদনো অশোয়বা অমা লৈরে অদুনা কবিস্ত লৈতবা বাফম অমদস্ত যাম্না পাকচাউনা খনচৈনবা হেক্তং থোকই। মীওইবা সমাজসি অপুনবা লিপুন অমনা পুনা কান্না হংনা চিক্না মকপ মপাং ওইনা শিন্নজনা চাউখৎনা হিংমিন্নবগী লংলা লংজিন থিবগী তঙাইফদবা লৈবে। শ্রীমদ্ভাগবতমনা অসিগুম্না অরাংপাসি মেনখৎকনি মরমদি মসি মীওইবা সমাজ পুম্নবু আধ্যাত্মিক থাক্তা পুখৎনবগী শেংদোক্লবা খুদোল অমনি।

স্কুলশিং অমসুং কলেজশিংদস্ত শ্রীমদ্ভাগবতমসি তম্বীগদবনি মরমদি মসি তচৌবা ভক্ত প্রহ্লাদ মহারাজনা ছাত্র ওইবিরৈদা সমাজদা হিংচাবা যাইওম্বগী পাথল থনবা অসি হোংদোকহন্নবগীদমক তাক্লম্বনি।

কৌমার আচরেৎ প্রজ্ঞো ধর্ম্মান্ ভাগবতানিহ।
দুর্লভং মানুষং জন্ম তদপ্যধ্রুবমর্থদম্ ॥ (ভাঃ ৭।৬।১)

মীওইবশিংগী মরক্তা খেনবা কয়া লৈবিবসি ঈশ্বরবু যাদবা অশেঙবা জ্ঞান য়াওদবা সভ্যতা অমদা লৈবননি। ঈশ্বর লৈ, নংত্রগা মঙোন্দগী পুম্নমক থোক্লকপা, মানা পুম্নমকপু যোকপা অদুগা মঙোন্দা পুন্নপ তিনুগদবা কনাগুম্ব। অথোইবা শক্তি লৈবা অমা লৈ। সংসারগী বিজ্ঞাম্না শেম্লিবা পুম্নমকসিগী হৌফম মরু কংনবা থিবগা মদুগী মরম খজিক্তেমক খঙবা ঙম্মী; অদুবু অচৎ চক্ত লৈরিবা পুম্বসিগী অপোইবা হৌফম অমদি লৈ হায়বসি কনামতনা যাদবা [illegible]। অসিগুম্বা অথোইবা হৌফমদু নীংথিরবা শ্রীমদ্ভাগবততা য়াম্না মরম চানা অমসুং অধিকার লৈনা শন্দোক্লা তাক্লি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি তশেংনমক লৈরিবা পুম্নমক্কী হৌফমদু খঙনবগী পারমার্থিক বিজ্ঞানদুদা নত্তে, মসিদগী ভগবানগা ঐখোয়গা লৈনবা মরী অমসুং ফিদম্নিঙাই ওইরবা মীওইবা সমাজগীদমক ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌ খঙনবগী জ্ঞানশু পীবিরি। মসি সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা মতীক মঙাল লৈরবা লাইরিক্তি অমসুং হৌজিক লাইরিকসি ইংরাজী লোন্দসু শন্দোক্লা লেংথোক্লুনা ফোঙলে। কনাগুম্বনা লাইরিকসিবু য়াম্না চেকশিন্না পাজরবদি মগাক্লুনা ঈশ্বরবু হকথেংননা খঙবা ঙমগনি অমসুং ঈশ্বর থাজদবা কাঙবুশিংনা লাকথুনবা কম্না য়ৈরকপা চৈফুদগী মশাবু ঙাকথোকপা ঙম্বা মহৈহু চপচানা হৈগনি। মসিগী মথক্তা অসিগুম্বা জ্ঞানসি লৈবদগী পারিবা মীহুনা অতোপ্পা মীওইবুসু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা পুশিন্নকপা ঙমগনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি মরম পুম্নমক্কী তৌরকফম মরম অদু মশক তাকপদগী হৌই। মসি বেদান্ত সূত্রবু ইরম্বা শ্রীল ব্যাসদেব মশানা পীবা বেদান্ত সূত্রগী মশাগী ওইকম্ থোকপা চপচাবা ভাষ্যনি অমসুং মসিনা ঈশ্বরবু মশক খঙবগী অয়েৌবী থাক্তু য়োনা তপ্পা তপ্পা মাপলশুবা স্কন্ধ কাখবা পুখংলকই। অসিগুম্বা দিব্য জ্ঞান অসি মকোক্তগী হৌরগা মথঙ মনাও নাইনা নৈনরকপগী ভঙাইযদে অমসুং অতৈ অচম্বা লাইরিক্তুম্না মমৈ মকোক খঙদবা চোংহুনা থক পারোইদবনি। মসি অহানবা স্কন্ধদগী হৌরগা মথঙ মনাও পাহুনা খঙনবা হোৎনগদবনি। পানবগীদমক সংস্কৃতকী মূল শ্লোক, বাহৈগী অর্থ, শ্লোক্কী অর্থ অমসুং নৈনরোল ফজনা য়াওরে। অহানবগী স্কন্ধ মাপল অসি পাবা লোইবদা মীহুনা ঈশ্বরগী মশক তশেংনা খঙবা ঙমগনি।

তরাশুবা স্কন্ধ অনি মমাঙগী স্কন্ধ মাপল অসিদগী তোঙাল্লি মরমদি মসিদা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিংহু হকথেংননা তাক্লি। মমাঙগী স্কন্ধ মাপল অসি পারক্তবা মীনা তরাশুবা স্কন্ধদা তারিবা অসিগী মরম খঙবদা বানা থোকনি। লাইরিকসি স্কন্ধ তরানিথোইদা মপুঙ ফারে, তৌবগীদি স্কন্ধ খুদিংমক মশাগী ওইনা মপুঙ ফানা লেপ্চবনি অদুবু মসি মথঙ মনাও নাইনা থম্বা থম্বা তৌহুনা পাগদবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু ময়ামদা লাপ্থোক্লবা হোৎনবসিদা ঐগী ইতিক চাজদবা কয়া লৈ হায়বা ইশানা য়াজৈ। অদুবু শ্রীমদ্ভাগবত তা পল্লম্বা শ্লোকসিগী মতেঙ লৌজরগা সমাজসিগী বাথল লৈবা মীওইশিং অমসুং লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা তরাম তরাম্না লৌবিগনি হায়না ঐনা আশা তৌজৈ (ভাঃ ১ | ৫ | ১১)

তদ্বাগ্বিসর্গো জনতাঘবিপ্লবো যস্মিন্ প্রতিশ্লোকমবদ্ধবত্যপি
নামান্যনন্তস্য যশোঽঙ্কিতানি যৎ শৃণ্বন্তি গায়ন্তি গৃণন্তি সাধবঃ ॥

"ঙমথৈ নাইদ্রবা পরমেশ্বর ভগবানগী মমিং, মিংচৎ, মশক অমসুং লীলাশিংবু শৈথারিবা লাইরিকসি লান্না লমজিংবিরবা সমাজসিদা পাপকী পুন্সি লেল্লিবসিদা অওনবা পুরক্কবগীদমক্তা শেমলল্লবা ঈশ্বরগী থুংশেম্লি। অসিগুম্বা শাস্ত্রসি অশোয়বা য়াওদনা লেংবা নংত্রবসু থম্মোয় তশেং তশেংলবা সাধুশিংনা তানৈ, শক্লৈ অমসুং লৌনৈ।"

ওঁ তৎ সৎ

অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী

# ৱাহৌদোক

"ভাগবত পুরাণ অসি নোংদোল-থক্কী হুমিংকুম্না লংত্রিক লংনা ভাল্লি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্ম জ্ঞান নচিংবগা লোয়ননা মবানযাই থামদা লেঙথিবগা পুরাণ হুমিংসে থোকখিবনি। কলি যুগতা জ্ঞান মাঙদুনা মীং তাঙবগুম্না উদ্র-থঙদ্রবা মীতাশিংনা পুরাণসিদগী মঙাল ফংগনি।"

(শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১ | ৩ | ৪৩

ভারত লৈবাক্কী মতম নাইদনা জ্ঞানশিং অসি বেদশিংদা য়াওই। বেদ অসি মীওইবগী জ্ঞান হীরম পুম্নমক শুনা য়াওববা খ্বাইদগী লিনবা সংস্কৃত লোন্দা ইদুনা থনম্বনি। থায়না মমাংঙৈদগী গুরুগী মচিন্দগী নাকোংনা তাদগাতা ফংনদুনা লাকপা বেদগী জ্ঞান অসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বেদশাস্ত্র লেংননবগীদমক তৌরকপা অবতার শ্রীব্যাসদেবনা চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদা ইহান হানবা ওইনা ইদুনা থনম্বনি। বেদশিং লেংলবা মতুংদা মসিগী মচি ওইবা শককশিংদু সূত্র ওইনা শেনদোকুনা শ্রীল ব্যাসদেবনা বেদান্ত সূত্রশিং পুথোকখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ (ভাগবত পুরাণ) অসি বেদান্ত সূত্রবু ইবিবা ব্যাসদেব মশামক্না ইবা বেদান্ত সূত্রগী ভাষ্যনি। মসি লেংখিবসি মহাক্না বেদ শাস্ত্র লেংবা লোইদুনা ওনগী মপুঙ ফাবা মতমদা মহাক্কী গুরুদেব শ্রীনারদ মুনিনা তাকপিবা বায়ম মতুং-ইন্না লেংখিবনি। "বেদ কৌবা পামেলগী মপুঙ ফানা মুন্নবা মহে" হায়না খ্বাইনা খঙনবিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি বেদ জ্ঞানগী খ্বাইদগী মপুঙ ফাবা অমসুং খ্বাইনা য়ানা লোনরিবা লাইরিক্নি।

শ্রীমদ্ভাগবতম লেংবা লোইরবা মতুংদা শ্রীল ব্যাসদেবনা মসি শমলপ্পা মচাইবুডো শ্রীশুকদেব গোস্বামীদা তাকপিখি। মথংদা শুকদেব গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম অসি মপুঙফানা হস্তিনাপুর (হৌজিক্কী দিল্লি) দা চেল্লিবা গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা বেদশাস্ত্র চংথোম্না খঙলবা মুনি ঋষি কয়াগী মমাঙদা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মমমদা থীদুনা তাইনখি। মহারাজ পরীক্ষিৎ পৃথিবী পুম্নগী নিংথৌরেল্লী অমসুং অচৌবা রাজর্ষি অমসু ওইরম্মী। চয়োল অমগী মতুংদা শিরগনি হায়না পাউ যংবদগী মহাক্না লৈবাক নিংথৌ ওইবা থাদোকখি অদুগা গঙ্গাগী তোকপান্দা শিত্রিবা যাওবা চরা হেন্দুনা লেনখি অদুগা আত্মা জ্ঞান তানশিনখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না হৌবসি শ্রীশুকদেবগী মমমদা পরীক্ষিৎ মহারাজনা নাল্লক্না হংবা তাঙলবা ৱাহংদুগা লোয়ননা হৌবনি। মাগী ৱাহংদি "অদোমদি মুনি-শিংগী মমসুং গুরু পুম্নমক্কী গুরুনি। মরম অসিনা মীপুম খুদিংমক্না পুন্সীগী মহৈ য়াম্লনবা লম্বীদু তাকপিয়ু, অথক্কনা শিগদৌরবা মী অমনা তৌগদবা মপৌদু তাকপিয়ু হায়না চরণদা হঙ্জৎচরি। অসিগুম্বা তাঙ্গাসিদা মী অদুনা করি তাগদগে, কনাগী নাম শোনগদগে অমসুং কনাবু পূজা তৌগদগে হায়বা ৱাফমশিংসিগা লোয়ননা করম করম্বা থবক তৌরোইদগে হায়বসিসু যাঙনা ননাইদা তাকপিয়ু। ঈশ্বরশিং সিদা ননাইবু ভাব তানবা শন্দোক্না তাকপিয়ু।"

ৱাহংসিগী পীবা শুকদেব গোস্বামীগী পাউখুম অমসু মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীগী মফমদা হংজখিবা আত্মাগী শক্তম তাকপদগীনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টি তৌবগী ৱাফম অসি কাওবা য়াওবা ৱাহংশিংগী পাউখুমশিংদু পরীক্ষিৎ মহারাজনা তরেৎনি শুবা হুমিংতা শিবগী মতম অদু ফাওবদা তিন্দুনা লৈবম্লিবা মুনিশিংদুনা য়াম্না পুক্নীং চংনা লেপ্লা লৈতনা তাজখি। শ্রী শুকদেবনা

পরীক্ষিৎকী মফমদা, ভাগবত থীবা মতমদুদা তারা য়াওহৌবা সূত গোস্বামীনা নৈমিষারণ্যগী বনদা তিনখিবা মুনিশিংগী মফমদা অমুক হন্না ভাগবতমসি লিদুনা তাহনখি। মীয়াম প্রজাশিংগী য়াইফ মঙ্গল ওইনা লেনবা পাম্বদগী তিনখিবা মুনিশিংদুনা মতম শাংনা চঙবা যজ্ঞ অমা কলিযুগগী ফত্তবা খুদমশিংদগী ভাকথোক্নবা পাঙথোকখি। বেদগী মচি ওইবা শরক্তবু খনগৎলগা খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞানদু তাকপিয়ু হায়না হংগৎচবা মুনিশিংগী পাউথুম ওইনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা লৌখিবা শ্লোক লিশিং তরানিপাল য়াওবা শ্রীমদ্ভাগবতম অসি মকোক্কী মতোল লোম্বা ফাওবা শুকায় কায়দনা শ্রীসূত গোস্বামীনা নীংশিংলগা চীনফা ওইনা থিদুনা মুনিশিংদা তাহনখি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাবিরিবশিংনা শ্রীসূত গোস্বামীনা পরীক্ষিৎ মহারাজনা হংবা বাহংশিং অমসুং শুকদেবনা খুম্বা পাউথুমশিং মুনিশিংদা লীবা থেংনগনি। অদুগা সূত গোস্বামী মশামক্তা নৈমিষারণ্যদা তিনখিবা মুনিশিংগী মচুং শিন্দুনা বা হংলিবা শৌনক ঋষিনা হংবা বাহংশিংগী পাউথুমসু অদুনক পীবা থেংনগনি। মরম অসিনা বারী শান্নবা অসি পরীং অনী থোক্না চৎপা থেংনগনি; অমনা গঙ্গা তুরেনগী তোর্বান্দা পরীক্ষিৎ মহারাজগা শুকদেবগা শান্নবা বারী অমা, অতোপ্পা অমনা নৈমিষারণ্যদা শৌনক ঋষিনা লুচিংবা মুনিশিংগা সূত গোস্বামীগা শান্নবা বারী অমা। অসিদসু নত্তনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা পাউতাক পীবা মতমদা শুকদেব গোস্বামীনা তোঙান তোঙানবা বারী কয়া পুশিল্লকুনা লৌ অদুগা নারদ বসুদেবনচিংবা মহাত্মাশিংগী মরক্তা নৈনবা অরাংবা দর্শনগী শাংলবা বাফম কয়াসু পুশিল্লকই। ভাগবতমগী ইরিবা মওং অসি খণ্ডবগা লোয়ননা পাবিরিবশিংনা অমগা অমগা য়ান-শিন্নদুনা শান্নরিবা বারীশিং অমসুং তোঙান তোঙানবা থৌদোকশিং খণ্ডবদা লায়না থোকনি। লীরিবা বারীশিংদুগী অকোন ওহান মথণ্ড মনাও নাইনা পুথোক্নবা হোৎনবদগী নৈনরিবা দর্শনগী বাফম চাদুনা হেন্না মরু ওইবনিনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা পীনবা হোৎনরিবা অথোইবা পাউতাকুদা হেন্না থোইনা পুরাং চঙফম থোকই।

সংস্করণ অসিগী অনুবাদ তৌবশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি শিতামিশ্রিগা চাঙদম্নৈঃ মসি পারু পারুবা মতাঙ খুদিংমক্তা রস চপচানা য়াওবা থেংনগনি। অদুনা মসিগী মহাউ থঙগে হায়রগদি ভোলুম অমদগী হেক্তা পাবা হৌবা য়াই। অসুম্না অহানবদা পাবগী মহাউ খরা ফংলবা মতুংদা হেন্না খরায় য়াওনা মুন্না নৈননীংবা অপাবশিংগী মফমদা হায়জনীংবদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি অহানবা স্কন্ধদগী হন্না পাবা হৌরগা স্কন্ধ অমদগী স্কন্ধ অমদা মথণ্ড মনাও নাইনা পাথবিয়ু হায়না নীংশিংজরি।

হন্দক পুথোকচরিবা সংস্করণ অসি সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা শ্রীমদ্ভাগবতমগী ইংরাজী লোন্দা মপুঙ-ফাবা টিকা য়াওনা পুথোকচবা অহানবা খুৎনম্নি। খুৎনম অসি ইংরাজী ভাঙবা মীয়ামশিংদসু মরাঙ কায়না ফংহন্নবা হোৎনজবনি। অহানবগী ভোলুম তরানিথোই (স্কন্ধ ১ দগীনা ১০ শুবা স্কন্ধগী ১বা ভোলুম) অসি পৃথিবীদা খ্বাইদগী শরাইবা ভারতকী ধর্ম্ম অমসুং দর্শনবু মীয়ামদা তাকপিরম্বা গুরুদেব আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘবু লিংখৎপীরম্বা আচার্য কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদনা মশানা শাস্ত্রবু মমুং তানা খঙবা অমসুং ভক্তিভাবনাগা লোয়ননা হোৎনদুনা তম্বীরম্বা খুদোলনি। মহাক্না সংস্কৃতপু মমুংতানা খঙবগী অদুগা বৈদিক সংস্কৃতি অমসুং ফিদম্বু নক্কনা চেৎনা ভাক্না চৎপগা লোয়ননা হৌজিক্কী যুগসিগী লেল্লিবা পুন্সি মরেলসিগী খুদোং-চাবশিংগা পুল্লগা নোংচুপলোমগী মীওইশিংদা অসিগুম্বা লিরবা জ্ঞান অসি নীংথিনা ব্যাখ্যা তৌবা

ঙমথিবনি। শোক ১৯৭৭ তা শ্রীল প্রভুপাদনা সংসারসি থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মতুংদা মানা পায়খৎলম্বা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু হন্দোকপা অমসুং শন্দোক্লা তাকপগী শীংথানীভাই ওইরবা থবকসি মাগী শিষ্য ত্রিদয়নন্দ দাস গোস্বামী অমসুং গোপীপরাণধন দাস অনীনা মথা চথহৌরি।

পাবিরিবশিংনা মমল য়াম্নবা লাইরিকসি মরম কয়াদগী কান্নবা ফংগনি। ভারতকী সভ্যতাগী হৌফম মরু থিরিবা মীশিংগী মফমদা মসিদা হীরম খুদিংমক্কী মাচা থায়না তাকপা রাক্ষম কয়া য়াওবা পূর্কে ওইবা থেংনগনি। তোঙান তোঙনবা ধর্ম অমসুং দর্শনবু চাঙদম্নহনা থঙগে তাম্নরিবা ছাত্রশিংগী মফমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌না ভারত লৈবাক্কী তুংগী মীহৌরোলশিংগীদমক আধ্যাত্মিকী থম্মারম্বা ললশিং অদুগী অর্থ মমুঙ থীংনা থঙবা ঙমগনি। সমাজগী মরম থিবা অমসুং পারি পুরি থিবা মীওইশিংগী মফমদা জগৎকী ওইনা য়েংবা আত্মাগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা রাম্না নিঙ্গম নাইবা অমসুং শান্তি ওইনা খায়দোকপা বৈদিক সংস্কৃতিগী শক্তম ভাগবতম্‌না কোঙদোক্লুনা থম্মীরি। সাহিত্যাগী মরম নৈনবা ছাত্রশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতম অসি চীংলেম্বা শৈরেংগী লাইরিক অচৌবা অমনি হায়বা থেংনগনি। মনোবিজ্ঞান তম্বা ছাত্রশিংগী মফমদা ভাগবতম্‌গী শ্লোকশিংনা চেতনাগী শক্তম, মীওইবগী লমচৎ অমসুং জীবশিংগী শক্তমগী মরমদা দার্শনীক ওইনা মমুং ফাওনা উবা ঙমগনি। মমৈদনা আত্মাগী মুংগী ওইবা শক্তম থিরিবা কাওবুশিংনা আত্মাবু অমসুং পরম সতাবু মশক থঙনবা খুাইদগী চম্বা অমসুং থবক ওইনা পায়থৎপা য়াবা থৌওংশিংগী লমজিং লাইরিক ওইনা থেংনগনি। ভক্তি-বেদান্ত বুক ট্রাষ্টনা পুথোকচরিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ভোলুম ময়াম অসিনা হৌজিক্কী মীওইশিংগী তুংগী পুন্সিদা জ্ঞান, সংস্কৃতি অমসুং আধ্যাত্মিক পুন্সীগী অচৌবা মফম অমা কন্দুনা থমগনি হায়বসি শোয়দবা রাফম্নি।

—:( ):—



কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ
আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘবু লিংখৎপীরস্না আচার্য।



**অহানবা লাই** পবমেশ্বব ভগবানগী মপুঙফাবা অংশ পবমাত্মানা জীবগী ৩কচাঙদা থম্মোই লকানু দা লেঙশিন্দুনা লে। ভগবানগী পূকচেল চাউবা উৎনবা লীলাশি অমসুং মহাক্কী মোমোন লোকপা মাযখোঙগী ল না যেংখোববপা মাংযেংন। মাগী চানবী হৈবগী খুদম্নি।

(লামায ৪৮-৫০)



**অনীশুবা লাই ঃ** অষ্টাঙ্গ যোগগী নিয়ম কায়দনা ধ্যান তৌরিবা মুনিনা প্রাণবায়ুবু তপ্পা তপ্পা খোইদৌদগী থম্মোই তান্না অদুদগী ঙৌগী মরু তান্না, অদুদগী পীশুম অনীগী কারক্তা অদুগা অরোইবদা লৱায়লেম্ফুগী ব্রহ্মরন্ধ্রদা পুখৎলগা থাদোক্লনি। অসুম্না যোগীনা সংসারগী লৈনবা মরী পূম্বা থদৎলমদুনা ভগবানগী নিত্যধাম য়ৌগনি। (লামায়- ৬০-৬১)



**অহুমশুবা লাই ঃ** ব্রহ্মানা ব্যানদা লৃপ্তুনা লেবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশিগী খোঞ্জেননা মাগী নাকোঙদা বেদমন্ত্র ও ওইনা চঙখি। অসুম্না ব্রহ্মানা বেদজ্ঞান পূম্নমক খঙখি অদুনা জীব পূম্বগী ওব মকোক ওইখি। (লোমায ৭৩)



**মরিশুবা লাই ঃ** শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা লীলা অবতার তরাদু ওইথংবা মথক্কী কাচিন্দগী হৌরগা (১) ভগবান্ মৎস্য, (২) ভগবান কূর্ম্ম, (৩) ভগবান বরাহ, (৪) ভগবান নরসিংহদেব, (৫) ভগবান বামনদেব, (৬) ভগবান পরশুরাম, (৭) ভগবান রামচন্দ্র, (৮) ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, (৯) ভগবান বুদ্ধদেব অমসুং (১০) ভগবান কল্কি। (লামায়-১১৮)



**মঙাশুবা লাই ঃ** নারদ মুনিনা মপাবুং ব্রহ্মাগী মফমদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসিবু শেম্বীরিবা মপুসি কনানো তাকপিয়ু হায়না হংবা বাহংগী পাউখুমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডসিগী শেম্বীবা মপুনি হায়না তাকপিখি। (লামায়- ১৪২-১৪৯)



**তরুকশুবা লাই ঃ** ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা ঊান্দুনতা লৈববা মাগী নিত্যধাম গোলোক বৃন্দাবন্দা লেঙদনা লৈদুনা মাগী নিত্যমুক্ত ওইববা মনাইশিং গা লোয়ননা নুংঙাইনা শান্নদুনা লৈ। জগৎ সংসাব শেম্নগী থবক্তীদমক মহাক মশামক্না মহাবিষ্ণুগী শক্তম লৌদুনা কাবণ সাগন্দা চেপ্তুনা লেবগা মাগী ভুখোঙদগী মশীং থীঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কয়া কয়া পুথোকই।

(লামায ১৬৬)



**তবেংঙবা লাই ঃ** ভগবাননা বরাহ (ওক) ওইনা অবতার তৌরগা পৃথিবীবু গর্ভসাগরদগী কোৎখত্তুনা থাংগৎলকপা মতমদা ভমথীনবা হিংচাবা হিরণ্যাক্ষনা ভগবান তম্না তোংচিল্লকলম্মা। মথক্তদা অকনবা লাল শোকখি। (লামায় ২১১)



**নিপালশুবা লাই ঃ** ভগবান নরসিংহদেবনা শক্তি লৈরবা হিংচাবা হিরণ্যকশিপুবু ফৈরুদা থম্লগা মাগী থম্মোইদু হোগাইরগা খোইরিলশিংদু চিংথোকলম্মী। (লামায়-২২৪)



মাপলগুবা লাই ঃ গজেন্দ্র শামুদুনা থম্বাল অমা তেকচবগা বিষ্ণুদা প্রার্থনা তৌনা কৎচনম্মী। নত্তমদদা বিষ্ণু ভগবাননা লোঙবিরক্তুনা মাবু ওম্ভারদগী অমসুং সংসার পুম্নীদগী কনবিখি।

(লামায ২২৫-২২৭)



**তরাশুবা লাই ঃ** মতম শাংনা বনদা লেঙলুরবা অমসুং হিংচাবা রাবণবু লান্দা মায়থীবা পীরবা মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা অয়োধ্যাগী নিংথৌ ফম্বাল তোংদুনা মনাও লক্ষ্মণ, লোয়নবী সীতা অমসুং অচানবা মনাই হনুমানগা লোয়নবা লৈবাক ঙাক্তুনা পাল্লম্মী। (লামায়-২৩৪-২৩৬)



**তরামাথোইশুবা লাই ঃ** ঈশ্বর থাজদনা নিংথৌশিংগী শাজৎনা মালেম পৃথিবীগী পোৎলুম ওইনল্লনা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বুং বলরামগা লোয়নদুনা অবতার তৌরগা পৃথিবীগী অবাবা কোকহনখি।

(লামায়-২৩৭)



**তবানীথোইগুবা লাই ঃ** শ্রীকৃষ্ণবু হূ তৈববা খোম পীথত্তুনা হাৎকে থোঁবা লম্বী পূতনা কৌবী হিংচাবীদু শ্রীকৃষ্ণগী মখুণ্ডা মথবায থাববা মতমদা মাইল তরুক শাংই হায়নৰিবা মাগী বিনিংঙাই ওইবা অশেংবা শক্তমদু লৌবম্মী। (লামায ২৩৮ ২৩৯)



**তবাহুমদোইশুবান্লাই** ঃ শক তাসুব হি চাবনা মণগাডা অমগী মশক লৌবম্মী। অদুবু গাউদুগী মখাদা থাবা ফমু মথণ্ডা হিপ্পিবা অঙা কুপ্সত্না শাউনা মখোঙনা কাওখৎলকপা মতমদা গাডী ওন্দুনা লৈবিবা হি চাবদু হাৎলম্মী।

(লামায ২৩৯)



**তরামরিশুবা লাই ঃ** ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্খচুড়বু তান্নদুনা থুনা য়াংনা মনাক য়ৌনা চঙশিনখিদুনা মাগী খুদুম্না অমুক্তং শুবদা হিংচাবদুগী মকোক থদংলম্মী। (লামায়-২৪৪)



**তরামঙাশুবা লাই ঃ** মীওইবগী সমাজনা মপুঙফানা লৈখা তারবা মতমদা ভগবাননা খ্বাইদগী অথোইবা ৱারক চৈরাকপীবা কল্কি ওইনা অবতার তৌগনি অমসুং হিংচাবা পুম্নমক তুম্না হাৎলগনি।

(লামায়-২৪৭)

## অহানবা অধ্যায়

# ঈশ্বর খঙবগী অহানবা খোঙথাং

### লাইশোল

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥**

ওঁ—হে ঈশ্বর; নমঃ—নঙবু খুরুমজে; ভগবতে—পরমেশ্বর ভগবান; বাসুদেবায়—বসুদেবগী মপান্না শ্রীকৃষ্ণদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ঈশ্বর ইবুংঙো, মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবান নঙবু ননাইনা নোল্লুক্না খুরুমজরি।

নৈনরোল

বাসুদেবায় হায়বদি "বসুদেবগী মচা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা" হায়বনি। শ্রীকৃষ্ণগী, বাসুদেবগী নাম শোনবা অসিনা দান, তপস্যা অমসুং ব্রতগী অফবা মহৈ পুম্নমক ফংবা ঙমই অদুনা ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় হায়বা মন্ত্র অসি শোনবসিদগী খঙগদবা রাফমদি লাইরিক ইরিবা মী, রা ভাঙলিবা মী নৎত্রগা শ্রীমদ্ভাগবতমবু পারিবা মী অদুনা সুংঙাইবা পুম্নমক্কী তুঙনফম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নোল্লুক্না খুরুমজনি হায়বনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা স্কন্ধদা লৈশেম্বগী নিয়মশিং তাকল্লে, অদুনা অহানবা স্কন্ধবু 'লৈশেম্বা'' হায়না মিং থোনবা য়াই।

অসুম্না অনীশুবা স্কন্ধসিদা লৈশেম্বা মতুংগী জগৎকী শক্লোন উথোরকপগী মতাঙ নৈনরি। অনীশুবা স্কন্ধদা তোঙান তোঙানবা গ্রহলোকশিংসি পরমেশ্বর ভগবানগী বিশ্বরূপ অদুগী তোঙান তোঙানবা কায়াৎনি হায়না শন্দোক্না তাকই। মবম অসিদগী অনীশুবা স্কন্ধসিবু "জগৎকী শক্লোল উৎপা" হায়না কৌবা যাই। অনীশুবা স্কন্ধসিদা অধ্যায় তরা য়াওই, অধ্যায় তরা অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতমগী উদ্দেশ্য অমসুং উদ্দেশ্যসিগী তোঙান তোঙানবা খুদমশিংগী মরম নৈনরি। অহানবা অধ্যায়দা ঈশ্বরগী নাম শোনবগী মতীক মগুণ শৈথারি অদুগা অনৌবা ভক্তশিংনা ভগবানগী বিশ্বরূপ অদুদা ধ্যান করম্না তৌগদগে হায়বগী রাফম ঈঙ্গিৎ ওইনা উৎলি। ইহান হানবা শ্লোকতা, শিরমদাইগী মতমদা মীওইবনা তৌগদবা মথৌ করিনো হায়না পরীক্ষিৎনা হংথিবা রাহংগী পাউথুম শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা পীরি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীবু থেংনজবদা য়াম্না হরাওজখি, মশামকসু শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মরূপ অর্জুনগী শুথাং ওইনা পোক্লম্বগীদমক মরাইবক ফরবনি হায়না চাউথোকপা পোকচৈ। মহাক মশামক্তি য়াম্না নোল্লুকচৈ অমসুং চাউথোকচবা লৈরমদে, অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডু নিংথৌগী মচা, মাগীনা মবুথৌশিং অখন্না মাগী মপাবুংবু হেক পোকপা মবুথৌ অর্জুনগী মখমদা য়াম্না থৌজালবীরম্বগীদমক্তা পুক্লীং সুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী শাগেবু মতম পুম্নমক্তা থৌজালবিরম্বনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী শিরমদাইদা আত্মাবু শকখঙজনবগী মতেং পীনবগীদমক্তা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীবু থাবিরকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী

হৌদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎতি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইরকপনি অদুনা কৃষ্ণবুদি মহৌশাদগী মুংশিজরকপা মনাইনি। শুকদেব গোস্বামীনা পরীক্ষিৎকী ভক্তি মশক মুন্না খঙই। মরম অসিনা নিংথৌনা শিরমদাইদা তৌগদবা মথৌগী মরমদা হংবা ৱাহংদু তরাম্না ওকখি। জীবশিংগী অথোইবা মথৌদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজবসিনি হায়বসি নিংথৌনা ফোঙদোকপদগী শ্রীশুকদেবনা ৱাফমসিবু তরাম্না শৌগৎলি অমসুং "নঙনা কৃষ্ণগী মরমদা ৱাহং হংলবনিনা নঙগী ৱাহংসি য়াম্না শীংথানীঙাই ওই" হায়না হায়খি। অহানবা শ্লোকতুগী অর্থ মখাগী অসুম্না পীরি।

শ্লোক ১

**শ্রীশুক উবাচ**

**বরীয়ানেষ তে প্রশ্নঃ কৃতো লোকহিতং নৃপ।**
**আত্মবিৎসম্মতঃ পুংসাং শ্রোতব্যাদিষু যঃ পরঃ ॥১॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী; বরীয়ান্—অথোইবনি; এষঃ—মসি; তে—নহাক্কী; প্রশ্নঃ—ৱাহং; কৃতঃ—তৌরিবা; লোকহিতম্—মী পুম্নমক্কী কান্নবা; নৃপ—হে ইনিংথৌ; আত্মবিৎ—পরমার্থ-খঙবা মী; সম্মতঃ—য়ানরবা; পুংসাম্—মী পুম্নমক্কী; শ্রোতব্য-আদিষু—তাফম-থোকপনচিংবদসু; যঃ—মদু; পরঃ—পুঙথোই থোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী— ইনিংথৌ, নঙগী ৱাহংসি খ্বাইদগী হেন্না যজরবা ৱাহংনি, মরমদি মীপুম পুম্নমক্কা কান্নগদোবা ৱাহংনি। ৱাহংসিগী পাউখুমদি নাকোঙনা তাবদা পুঙথোই-থোইবা বিষয়নি অদুগা পরমার্থী পুম্নমক্কা য়ানরবা ৱাফম্নি।

নৈনরোল

ৱাহংসি কয়ামুক যজবগে হায়ববু নাকোঙনা তাবগীদমক খ্বাইদগী হেন্বা বিষয় অমনি। অসিগুম্বা ৱা হংবনা অমসুং নাকোঙনা তাবতনা কনাগুম্বনা পুন্সি-মহৈ-য়ান্বগী খ্বাইদগী ৱাংবা থাক অদু য়ৌবা ঙমগনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি আদি ওইবা পরম পুরুষনি, মাগী মরমদা হংবা ৱাহংদি ৱাহং পুম্বগী হৌরকফম্নি অমসুং মপুঙ-ফাবা ৱাহংনি। পুন্সিগী ৱাংলেন্-ৱাংবা উদ্দেশ্যদি কৃষ্ণগী প্রেম-সেবা তৌবতনি। শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হংবা ৱাহং অমসুং মদুগী পাউখুম্না মীওইববু প্রাকৃত-নত্তবা থাক অমদা থাঙ্গৎপা মরম্না মহারাজ পরীক্ষিৎনা কৃষ্ণতত্ত্বগী মরমদা হংলম্বা ৱাহংশিংদু অথোইবা ঙাক্নি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা মপুক্নীংদু শ্রীকৃষ্ণদা পুঙলুপ লুপ্না পাম্নম্মী, অসুম্না লুপ্না তারবদি শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইগা মান্নদবা লীলা শ্রবণ তৌবদনা ওইথোকপা যাই। খুদম ওইনা হায়রগা, ভগবদ্গীতাদা হায়রি মদুদি—শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য ওইবা জন্মকর্ম্মগী স্বভাব অদু কনাগুম্বনা খঙলবদি খুদক্তা মহাক ভগবদ্ধাম কৌবা ময়ুমদা হনবা ঙমগনি অমসুং মহাক অরাবগী মহুম সংসারসিদা অমুক হল্লক্ররোই। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ৱারী শ্রবণ তৌবদি মঙ্গলগী মশক্নি। মরমসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মপুক্নীংদু শ্রীকৃষ্ণদা লুপ্না য়াননবা হায়দুনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলামৃতদু লীথবিয়ু হায়জরম্মী। কৃষ্ণলীলাদি কৃষ্ণ মশামক্কা করিমতা থেন্নদে। কনাগুম্বনা কৃষ্ণগী দিব্য-লীলাশিংদু শ্রবণ তৌদুনা পুক্নীং চঙলিবমথৈ সংসারগী মায়া-বন্ধ পুন্সিদগী লাপ্না,লৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বিষয়শিংদি কয়ামুক মঙ্গলগী মশক ওইবগে হায়ববু ৱারীশিংদুনা প্রশ্নকর্ত্তা, বক্তা অমসুং শ্রোতা অহুম্মকপু পবিত্র ওইহল্লী। ৱারীশিংদু শ্রীকৃষ্ণগী খোঙদগী চেম্থরকপা গঙ্গাধারাগা চাংদম্নৈ। গঙ্গানা চেম্থরম্বা লমদসু অমসুং মাগী লাইজদা স্নান তৌবা মীশিংবু শেংদোক্লরি। মতৌ অসুম্না কৃষ্ণ-কথাদি কয়ামুক পবিত্র ওইবগে হায়ববু কৃষ্ণকথা ঙাঙবা মফম-মফমদা লমদমদুনে, শ্রোতানে, প্রশ্নকর্ত্তানে, বক্তানে, মদুগা মরী লৈনবা মী পুম্বা পবিত্র ওইরকয়ি।

শ্লোক ২

**শ্রোতব্যাদীনি রাজেন্দ্র নৃণাং সন্তি সহস্রশঃ।**
**অপশ্যতামাত্মতত্ত্বং গৃহেষু গৃহমেধিনাম্ ॥২॥**

শ্রোতব্য-আদীনি—নাকোঙনা তাব-য়াবা বিষয়শিং; রাজেন্দ্র—হে নিংথৌরেন; নৃণাম—মীওইবশিংগী; সন্তি—লৈ; সহস্রশঃ—লীশীঙ লীশীঙ; অপশ্যতাম্—উদবশিংগী; আত্ম-তত্ত্বম্—আত্মাগী রাক্মম; গৃহেষু—য়ুমদা; গৃহমেধিনাম্—সংসারীশিংগী (য়ুম্বান্‌বশিংগী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌরেন্! য়ুম্বান্‌বদা লুপ্লবা মীতাশিংনা, আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান লৈতবা মরম্না, ময়ুম ময়ুমদা শ্রবণ তৌননবা বিষয় য়াম্না লৈ।

নৈনরোল

বেদশাস্ত্রদা য়ুমপানবা মীতাশিংগী মিংথোল অনীথক লৈ। অমনা গৃহস্থনি অদুগা অমনা গ্রহমেধীনি। গৃহস্থ হায়বদুনা নুপীগা অঙাঙগা লোয়ননা লৈরবসু আত্মাতত্ত্ব খঙনবা পরমার্থী ওইনা লৈ। অদুগা গৃহমেধীশিংনা মখোয় মখোয়গী ইমুংগী মীশিংগী ওইজবদা থিদুনা লৈ, মখোয়গী পরিবারশিংদু পাকথোকপা যাই নত্রগা পীকশনবসু য়াই; মতৌ অসুম লৈবনা মখোয়না অতৈবু কলক-খম্বল্লী। মেধী শব্দনা উৎলিবদি কলক-খম্বল্লী হায়বা উৎপনি। গৃহমেধীশিংদি মখোয় মখোয়গী ইমুংগী থবক্তদা মথৱাই য়াওবনিনা তশেংনমক মী অতৈবু কলক খম্বল্লী। মরমসিনা গৃহমেধী অমগা অমগা চীংনা-চান্নবা লৈতে হায়বদি থংনৈ চৈনৈ। পাকথোকপা মওংদা হায়রগা সম্প্রদায়, সমাজ নত্রগা জাতিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা মশা মশাগী ওইজবা থিবদগী খংনৈ। কলিযুগদা য়ুম্বানবশিং পুম্নমক অমগা অমগা কলঙ্কে মরমদি পরম তত্ত্ব করিনো হায়বদু মখোয়না খঙদে। মখোয়না শ্রবণ তৌননবা হীরমদি য়ামগ্রে—মদুদি রাজনৈতিক, বৈজ্ঞানিক, সমাজিক, অর্থনৈতিক-নচিংবা—অদুবু জ্ঞান রাংপা মরম্না পুন্সিগী রাদবা য়াদবা অরাবশিং হায়বদি পোকপা, শিবা, হন্থরকপা অমসুং অনাযেক কৌবা অরাবশিংসিগী রাক্মদু খল্লুবা লৈতে। তশেংবদি মীওইবগী পুন্সিদি পোকপা শিবা অমদি হন্থরকপা অদুগা অনা অয়েক কৌবা সমস্যাশিংসি কোকহল্লবগীদমক হোংনবা মতাঙনি, অদুবু গৃহমেধীশিংনা মায়া-লাংদা খুথিবা মরম্না আত্মা-তত্ত্ব খঙবগী মবম পুম্নমক কাউথোকই। পুন্সিগী হায়রিবা সমস্যাশিংসি কোকপা হায়বদুদি য়ুমদা হায়বদি ভগবানগী নাক্তা হনবনি; মতৌ অদুম তৌরগা ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না (৮।১৬) সংসারগী অরাবা—পোকপা, শিবা, হন্থরকপা অমসুং অনা অয়েক হায়বসি —কোকই।

ভগবদ্ধামদা হনবগী সাধনদি ভগবানগী অমসুং মাগী নাম, রূপ, গুণ, লীলা, পরিকরনচিংবগী মরমদা শ্রবণ তৌবনি। অপঙবা মীশিংনা মসিবু খঙদে। মখোয়না তুংকোইদবা (অনিত্য) ওইবা পোংকী নাম, রূপনচিংবদমক মনাদা হাপনিঙঙী, অদুনা মখোয়না শ্রবণ তৌনীবদু পোলোইদা ফনবগীদমক করম হায়না শীজল্লগদগে হায়বা খঙদে। লম্বেল অরানবদা হোইবিরবনিনা মখোয়সু ওইদবা শাস্ত্র লাইরীক থরা পরতত্ত্বগী নাম, রূপ, গুণনচিংবগী মরমদা শেম শাদুনা পুথোকই। মরমসিনা মীবু কল্লক্তুনা পুন্সি লেম্লনবগীদমক্তা গৃহমেধী ওইকদে; বেদশাস্ত্র পাউতাক তুংইল্লা অশেঙবা গৃহস্থ অমা মী খুদিংনা ওইফম থোকই।

শ্লোক ৩

**নিদ্রয়া হ্রিয়তে নক্তং ব্যবায়েন চ বা বয়ঃ।**
**দিবা চার্থেহয়া রাজন্ কুটুম্বভরণেন বা ॥ ৩ ॥**

নিদ্রয়া—তুমখুন হুন্দুনা; হ্রিয়তে—মাঙহল্লী; নক্তম্—অহীওগী মতম; ব্যবায়েন—মুপীগা লোয়নবা (রতি ক্রিয়া) তৌহ্নুনা; চ—অমসুং; বা—নত্রগা; বয়ঃ—ঐখোয়; দিবা—অয়ুক-মুংথিন্দা; চ—অমসুং; অর্থ—শেল; ইহয়া—তান্দুনা; রাজন্—হে নিংথৌ; কুটুম্ব—ইমুংগী মীয়াম্ভ ভরণেন—চাক থাক্‌নুনা;বা—নত্রগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কল্লক খম্বন চাউবা গৃহমেধীগী মপুন্সিদি অহিংদা তুমহনুা নত্রগা মুপীগা রতি ক্রিয়া তৌহনুা লেল্লী, অহুগা অয়ুক মুংথিল্লা শেল তানবদা নত্রগা ইমুংগী মী থাকপদা মতম লেল্লী।

নৈনরোল

হৌজিক্কালগী মীওইবগী সভ্যতাদি অহিংদা তুমখুন হুন্দুনা নৎত্রগা মুপীগা সঙ্গ তৌহনুা লেনবা অহুগা অয়ুক মুংথিন্দনা শেল তাল্লগা ইমুং মনুং থাকপদা চাদিং তৌবা হায়বসিনা মরু ওইনা য়ুক্ষম ওইহনুা লিংবনি। মসিগুম্বা মীওইবগী সভ্যতাগী মওংবু ভাগবত তুংইনবা কাওবুনা য়াদে।

মীওইবগী পুন্সিদি জড় দেহগা আত্মাগা অনী তিন্দুনা শাবনি। বৈদিক জ্ঞানগী সাধন মপুঙদি জড়-দেহগী অমোৎপা ফীভমদগী আত্মাবু লাম্বোকহনবগীদমক তৌগদবনি। মসিগা মরী লৈনবা জ্ঞানদি আত্ম-তত্ত্ব হায়না খঙনৈ। পুঙলুপ-লুপ্লিবা সংসারীশিংনা আত্ম-তত্ত্বগী জ্ঞানগী মরমদা করিমতা খঙদে, অহনুা প্রাকৃত ভোগ তৌনবগীদমক্তা শেল থুম চাউখৎনবগী ৱাখন্দা মখোয় তাউহনুা লৈ। অসিগুম্বা সংসারী-শিংবু কর্ম্মী হায়বদি ওইজথিবা শিন্মী কৌই। মখোয়বু নিয়ম নাইনা শেল-থুম চাউখৎনবা তৌহনবগা লোয়ননা রতিক্রিয়াগীদমক মুপীগা সঙ্গ তৌহল্লি। কর্ম্মীশিংগী মথক্তা লৈবা মী হায়বদি জ্ঞানী, যোগী অমসুং ভক্তশিংবু মুপী সঙ্গ তৌবা য়াদে হায়না য়াম্না চেৎনা থিংঙী। কর্ম্মীশিংদি আত্মতত্ত্বগী মরমসি ইখঙ খঙদে, মতৌ অসুম তৌবনা আত্মাগী মবমদা তোংজবা য়াওদবমখৈ মপুন্সি লেল্লি। মীওইবগী পুন্সিদি শেল-থুমগীদমক ৱানা নোম্বগীদমকসু নত্তে অহুগা ওক হুইশিংদোনা মুপী সঙ্গ তৌনবগীদমকসু নত্তে। মসিদি থোইদোক হেন্দোক্লা প্রাকৃত-জীবনগী সমস্যা ময়াম অহুগা মহুগী ফল ওইবা অৱাবা ময়ামসে কোকুবা মরমগীদমক্নি। মরমসিনা কর্ম্মীশিংদি মখোয়গী মমল য়াম্বা মীওইবগী পুন্সিবু অহিংদা তুমহনুা অমসুং মুপী কোন্দুনা অহুগা অয়ুক মুংথিন্দনা শেল তানগদবগী কন্না নোমহনুা মাঙহল্লি। মহুম তৌরগা মখোয়না সংসারীগী পুন্সি-থাক ৱাংখৎহন্নবা হোৎনৈ। মফমসিদা সংসারীনা লেনবা পুন্সি মরেন্দু ৱাহৈ খজিক্তদা বর্ণন তৌরি। মীওইবা পুন্সি কৌবা বর অসিবু কয়াদা পঙ্গা মওংদা মীওইবনা মাঙহল্লী হায়বহু মথাগী মওংদা বর্ণন তৌরি।

শ্লোক ৪

**দেহাপত্যকলত্রাদিষাত্মসৈন্যেস্বসৎস্বপি।**
**তেষাং প্রমত্তো নিধনং পশ্যন্নপি ন পশ্যতি ॥৪॥**

দেহ হকচাং, অপত্য—মচামশু: কলত্র—মুপী; আদিযু—নচিংবদা; আত্ম—মশাগী; সৈন্যেষু—লাম্মীশিং; অসৎসু—ওইদবা ভাক্, অপি—সু, তেষাম্ —মখোয়গী; প্রমত্তঃ—হকচিন্না ভাওবা; নিধনম্—মাঙ তাক্‌পা, পশ্যন্- উনউনা, অপি—সু; ন—নত্তে; পশ্যতি—উই; (ন পশ্যতি—উদে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙ, মচা মশু অমদি মুপীনচিংবা ওইদবা (কেন্‌গদোবা) লাম্মীশিংদা থৱাই-হকচিন্‌বা মরম্না আত্মতত্ত্ব খঙদবা মীতাশিংনা মখোয়গী পুন্সিগী সমস্যাগী মরমদা থিজিল্লুবা তৌদে। মখোয়হু ফল উ-খঙলবসু লাম্মীশিংসে শোয়দনমক মাঙগনি হায়বসি মখোয় উদে।

## নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎসি মর্ত্ত্যলোক (অশি-ঙমদম) কৌয়ি। চহী কোটি কয়ানা মাগী আয়ু ওইরিবা ব্রহ্মা-দগীনা সেকেণ্ড খরদমক পুন্সিবা তীন কাওবগী মনুংদা লৈবা জীব খুদিংমক্না হিংননবা লাম্বেংনৈ। মরমসিনা জীবগী পুন্সিসি প্রকৃতিগা থেংনবা লান মখল অমনি; প্রকৃতিনসু জীব খুদিংগী শিবা য়াননবা খুঞ্জল শীল্লী। মীওইবগী মূর্ত্তিদা পোল্লবা জীবনা হিংননবগী লান অসি খঙবা ঙম্মবা মবুদ্ধি লৈ। অতুবু ইমুংমনুংগী মী-শিংদা, সমাজদা, মরৈবাক্তা হাক্লা হকচন্খিবনা জয়-তৌবা-ঙম্নরোইদবা প্রকৃতিবু মপাঙ্গম্না, মতুমচাশিংগী অমদি মরীমতাশিংগী মতেঙনা জয় তৌনীঙঙী। মহাক্লা মাগী হান্নবা খঙ-উৎকপনে অতুগা শিগ্রবা মীশিংনা উৎলম্বা খুদমশিংনে অসি ময়ামতুগী মপাল্লা মহাক চপচানা হৈশিংলবসু মাগী লাম্নীনি হায়রিবা অঙাঙ-মুবীশিং, মরীমতাশিং, সমাজ অমসুং দেশবাসী পুম্নমক অমতা চীথদবমখৈ মথক্তা পনগ্রিবা লানজাওসিদা তুগনি হায়বসিমতংদি মানা মউদ্রে। মীপুম খুদিংনা তৌগদবদি মাগী মপা নৎত্রগা মপা পোকপা মপুবোক শিখরে অতুগা মহাকসু শোয়দনমক শিগদবনি অতুগা মচাশিংসু মচামশু পোল্লম্লগা শোয়দনমক মতমগী মতুংইন্না শিগদবা ঙাক্লি হায়বা রাকম অসি খম্বা অসিনি। প্রকৃতিগা লাম্বেংনবদা কনামতসু চীথতুনা হিংহৌবা ঙম্মোই। রাকমসি মীওইবা সমাজগী ইতিহাসনা প্রমাণ তৌতুনা তাক্লী, অতুমক্তদা অপঙবা মীতাশিংনা অতুম হায়রি মতুদি প্রাকৃত বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা মখোয়না তুংদদি অমর ওইনা হিংবা ঙমগনি। মীওইবা সমাজনা উৎচরিবা জ্ঞানগী পুক্কে অপীখকসিনা মীওইববু লেপ্পমক লম্বী শেরাম্মনা পুরি, অসুম্না তৌবগী মরমদি মীশিংসিনা জীবাত্মাগী স্বরূপ (মশক) খঙদবননি। ঐখোয়না হকচম্না পামশন্বা মরম্না প্রাকৃত জগৎসি মঙগুম লৈরে। নৎত্রগদি, জীবাত্মাগা প্রকৃতিগা মতম পুম্বদা অতুম খেন্নগদবনি। প্রকৃ-তিসি মহাসমুদ্র অমনি, মসিদা মতমগী ইথক ময়াম্না লেঙলেঙ চৎলী; অতুগা ঐখোয় ময়ামগী হিংননবা ফীভম ময়াম্না গ্রুপ-গ্রুপ শৌরিবা কোঙ্গোনগুম্বনি, কোঙ্গোনশিংসিনা ঐখোয় ইশাগী মূর্ত্তি, মুপী, অঙাঙ, সমাজ অমদি দেশবাসীনচিংবা ওইনা ঐখোয়গী মাঙদা থোরক্লি। অতুবু ঐখোয় ইশাগী মশক খঙবা রাৎপনা ঐখোয়বু খঙদবা (অবিদ্যা) হায়বতুনা নমহৎতুনা মীওইবা মপোক্কী মমল-য়াম্নবা শক্তিতু ঐখোয়না লেঙদবা য়ুম্লেপ চারাগী ফীভম থিনবা হোৎনবদা অরেবদা মাঙহল্লী; অতুবু লেঙদবা য়ুম্লেপ হায়বসিদি কদৌ-ঙৈদসু ওইরম্মোইদৌবা থবক্নি।

ঐখোয়গী মরূপ মপাং, মরীমতা অমদি ইতু-ইচা পুম্নমক্কে মাঙখিগদৌবদা নত্তনা সংসারদা ওইরিবা মপাম্বোংগী ইরাংনসু মখোয়বু শুমহৎলী। মরমতুনা মখোয়না ঐখোয়বু কন্বিবা ঙমদে। অতুমক্তদা ঐখোয়সে ইমুংগী, সমাজগী অমদি দেশগী পরিকর মনুঙদা করিমতা য়ৈখায়-খিজায় লৈতনা লৈরে হায়না থল্লী।

মীওইবগী সভ্যতানা লন্-থুমদা চাওখৎলে হায়রিবা পুংসি শিরবা মীগী হকচাঙদা লৈতেং তৌব-গুম্বনি। মীপুম খুদিংমক মুমীৎ খরনিগীদমক যৎ-যৎ পাইরম্লগা তোক্কগদবা অশিবা হকচাঙনি। অতু-মক্তদা মীওইবা পুন্সিগী শক্তি পুম্নমক অশিবা হকচাঙবু লৈতেংনবা হোৎনবদা মাঙহল্লে। অতুনা মীওইবগী ককঙাওনরবা রাখল্লা ইনশল্লকপা থবকশিংসিগী অওইবা ফীভম উৎলগা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা ফীভম মতাসিদা মীওইবনা তৌগদবা মথৌ করিনো হায়বতু তাক্লী। আত্মতত্ত্ব-খঙদবা মীতাশিংদি লম্বেল লাম্না চৎলবনি; অতুগা ভগবদ্ভক্ত ওইবা অমসুং পরতত্ত্ব মপুঙফানা খঙলবা মীশিংদি ককঙাওনদে।

শ্লোক ৫

**তস্মাদ্ভারত সর্বাত্মা ভগবানীশ্বরো হরিঃ।**
**শ্রোতব্যঃ কীর্তিতব্যশ্চ স্মর্তব্যশ্চেচ্ছতাভয়ম্ ॥৫॥**

তস্মাৎ—মরম অসিনা; ভারত—হে ভরতকী শূথাঙ-ও; সর্ব্বাত্মা—পরমাত্মা; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; ঈশ্বর—পুম্নমক্কী মপু; হরিঃ—অবা-অনা পুম্নমক কোকহনবা মপু; শ্রোতব্যঃ—শ্রবণ তৌনবিয়নি; কীর্ত্তিতব্যঃ—শক-শোন্নবায়নি; চ—অমসুং; স্মর্তব্যঃ—স্মরণ তৌনবায়নি; চ—অমসুং; ইচ্ছতা—পামহৌনা নীংলিবা মীনা; অভয়ম্—কিদববু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভরত নিংথৌগী শূথাঙ-ও ! অবা-অনা পুম্নমক্কী লাম্হোকপা পাম্বা মীতানা অন্তর্য্যামী ভগবান্ ঈশ্বর শ্রীহরিগী বারম শ্রবণ তৌফম থোকয়ি, শক-শোন্‌ফম্ থোকয়ি অমসুং নীংশীঙফম থোকয়ি ।

নৈনরোল

গৃহমেধীশিংনা মথোয়গী প্রাকৃত জীবনগী ফীভম ফংগৎনবদা তুমথোক্লুনা, মুপীগা পাদোঙনহৌনা,শেন্‌-থোক্লুবা চাওখৎ-থৌরাং তৌহৌনা অমসুং অকাউ-লাইনা কউইহল্লগদবা মরীমতা ফুক্লপ অমা য়োক্লুনা মথোয়গী মমল্লাইবা মতম্বু করম্না মাঙহল্লী হায়বসু মমাঙগী থংনবা শ্লোক অসুদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা বর্ণন তৌখ্রে। সংসারী ওইবগী থবক ময়ামসিদা চঙহৌনা জীবাত্মাহৌনা মহৈ-চাবা থবক্কী লাংদা খুহৌনা লৈ। মসিনা জীববু মপোক ৮৪,০০,০০০ কী পোকপা-শিবগী লীশাঙদা কোয়চৎ চৎহুনা লৈরে, মপোকশিংগী মখল্দি অসিনি মসুদি—ঈশীং-মচা, য়েন্‌শাং-নাপী, পুক্ল শীংপা, উচেক, শা, অসভ্য ওইবা মীতা; অসু-দগী অমুক মহৈ-চাবা কর্ম্মগী চক্রদগী নাম্থোক্লুবা লাইবক ফংনবগী ওইবা মীওইবা মপোক। মরমসিনা মুংঙাইতবা চক্রসিদগী লাম্থোক্লীংবা মীনা কর্ম্মী হায়বদি অকবা ওইরবসু ফত্তবা ওইরবসু তৌরুবা থবক্কী ফল চাবা মী অমা ওইনা থবক তৌবা লেপ্পা তাই। কনাগুম্বা অমতনা অকববু ওইরবসু ফত্তববু ওইর-বসু থবক অমতা মরম্নাই ওইনা তৌফদে, অসুগা পোৎ পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানগীদমক্কি হায়হৌনা থবক খুদিংমক তৌযম থোকয়ি। থবক মতৌ অসি ভগবদগীতানসু তৌ হায়রিবনি (৯।২৭), মসুদা হায়রিবদি থবক খুদিংমক ভগবান্গীনি হায়না তৌগদবনি হায়বা পাউতাকসিনি। মরমহৌনা মী খুদিংমক্না ইহান্ হান্‌বদা ভগবান্গী বারম শ্রবণ তৌবা তাই। অসুদগী হনজন্-হনজন্ খিহৌনা মপুঙ ফানা শ্রবণ তৌরবা মতুঙদা ভগবান্গী গুণ-লীলা কীর্ত্তন তৌবা তাই, অসু ওইরবদি ভগবান্গী দিব্য ওইবা স্বভাব অসু মতম পুম্নমক্তা নীংশীঙবা ঙমগনি। ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ কীর্ত্তন হায়বসি মহাক্কী দিব্য স্বভাবকা অমতনি, মতৌ অসুম তৌরগা ঐথোয়না মতম পুম্বদা ভগবান্গা সঙ্গ ওইহৌনা লৈবা হায়বসু ওইথোক্কনি। মসিতনা ঐথোয় অকিবা মথল খুদিংদগী লাম্থোকপা ঙমগনি। ভগবান্দি জীব খুদিংগী থম্মোই-লকমুংদা লৈবা পরমাত্মানি, অসুম্না শ্রবণ-কীর্ত্তন হায়বা থৌদোসিনা ভগবান্না মানা সৃষ্টি তৌবা পুম্নমক্তা সঙ্গ তৌসি হায়না কৌরি। ভগবান্গী মা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবসি মীপুম খুদিংমক্না হায়বদি মহাক্লুনা কনানো অমা ওইগে ওইসনু অসুম তৌবা য়াই। মসুম তৌরগদি মী অমগী মরায়বক্তা তঙকপা থবক তৌবদা মতোল-লোম্না তৌবা ঙমগনি। মীওইবগী মথল য়ামথরে, মথোয়দি—মহৈচানঙবা কর্ম্মী, জ্ঞানী, যোগী, অসুগা বিশুদ্ধ (পুক্নীংলোঙদবা) ভক্ত। মথোয় লোয়নমক্কি মথোয় মথোয়গী সিদ্ধি ফংনবা চপমান্নবা সাধনসিমতনা চংনবা য়াই। মীপুম খুদিংমক অকিবা মথল পুম্নমক্কী নাম্থোকপা পাম্মী; মীপুম খুদিংমক পুন্সিগী মুংঙাইবা থম-য়োনা ফংবা পাম্মী। মসি ফংনবা চপচাবা সাধনদি মফমসিমক্তদা শ্রীমদ্ভা-গবমদা তাক্লুনা লৈরে। তাক্লিবা মীসু শ্রীলশুকদেব গোস্বামীগুম্বা মহাজননি। ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌরগদি মী অমগী থবক পুম্নমক পরমার্থগী থবক ওইনা শেমদোকপা য়াই, মতৌ অসুম তৌরগা সংসারিক ওইবা অবা-মৈচাক মথৈ কোকহনবা য়াই ।

শ্লোক ৬

**এতাবান্ সাংখ্যযোগাভ্যাং স্বধর্মপরিনিষ্ঠয়া।**
**জন্মলাভঃ পরঃ পুংসামন্তে নারায়ণস্মৃতিঃ ॥৬॥**

এতাবান্—পূম্নমক্নসি; সাংখ্য—আত্মা অমসুং আত্ম-নত্তবা অনীবু মপুঙ ফানা খঙবা; যোগাভ্যাম্—যোগশক্তিগী জ্ঞান; স্বধর্ম—লম্নাইগী ওইবা মথৌ; পরিনিষ্ঠয়া—মপুঙফানা ঙাকপা; জন্ম—পোকপা; লাভঃ—ফংবা; পরঃ—পরম, পুঙথোই-থোইবা; পুংসাম্—মী অমগী; অন্তে—মমৈদা; নারায়ণঃ—নারায়ণ; স্মৃতিঃ—নীঙশীংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বধর্ম (লম্নাইগী ওইবা মথৌ) তৌদুনা সাংখ্যযোগ অমসুং অষ্টাঙ্গযোগ অনীগী মতেঙনা নারায়ণবু নীঙশীংবা হায়বদু মীওইবগী অতোংবনি। অদুবু পোকপগী মমৈদসু নারায়ণবু নীংশীঙবদি খ্বাইদগী হেন্বা ফংনঙাই অমনি। অদুনা মদুগী মহিমাদি হায়দুনা লোইবা নত্তে।

নৈনরোল

নারায়ণদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী রাংমদা লৈবা দিব্য ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্নি। সৃষ্টি তৌরগা পালন (ঙাবশেনবা) অমসুং মমৈদা সংহার (প্রলয়) তৌরিবা পোৎ খুদিংমক মহত্তত্ত্বগী মনূঙদা লৈবনি, অদুগা মদুবু প্রাকৃত জগৎ হায়না খঙনৈ। নারায়ণ হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দি মহত্তত্ত্বগী মনুঙদা লৈবা নত্তে, মরমসিনা নারায়ণগী নাম, রূপ গুণচিংবদি প্রাকৃত জগৎকী মনূঙ চন্দে। আত্মাগা অনাত্মাগা খেন্নবা তাকপা সাংখ্যযোগগী পাম্বৈনা নৎত্রগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী লোক খুদিংদা নৎত্রগা ব্রহ্মাণ্ডসিগী রাংমদা য়ৌবা ঙমহন্বা অষ্টাঙ্গযোগগী সাধন্না নৎত্রগা বর্ণাশ্রমধর্ম পাঙথোকপনা সিদ্ধি ফংবা য়াই, তৌবদবু নারায়ণবু হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানবু ফংতনা নীংশীঙবা ঙম্বা তাবনি। জ্ঞানী, যোগী অমদি কর্মীশিংনা শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ পাঙথোক্নুনা চৎলবদা মথোয় মথোয়গী পরমার্থগী ওইবা থবকতুগী মপান্ খোপচন্বা ঙম্বা ভক্ত অমগা সঙ্গ তৌরগদা নারায়ণবু নীংশীংঙবা ঙম্বা য়াগনি। আত্মা সিদ্ধি ফংবগী খুদম য়াম্না ইতিহাসদগী ফংঙি, মদুদি সনকনচিংবা ঋষিশিং অদুগা জগৎ ফাওরবা যোগেন্দ্র মাপল; মথোয়সি ভগবদ্ভক্তিদা চঙলবা মতুঙদা সিদ্ধি ফংখিবনি। ভগবদ্ভক্তগী মরক্তা কন্নমতনা জ্ঞানী নৎত্রগা যোগীশিংনা চৎলম্বা মার্গদা চৎলগা ভক্তিমার্গদগী থৈদোকপা তৌখিদে। মীপুম খুদিংমক মানা মানা তৌবা থবক্কী মতোল-লোম্বা হায়বদি সিদ্ধি ফংনঙবনা খোয়রাংবা ঙাক্নি; অসিগুম্বা সিদ্ধিদি নারায়ণ-স্মৃতি (নারায়ণবু নীংশীঙবা) হায়বদুনি হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা উৎলি। সিদ্ধিসি ফংননবগীদমক মীপুম খুদিংমক্তা ঙমজবমখৈ হোৎনদবা য়াদে। রাহে অমরোমদা হায়বা তারগনা, পুন্সিবু করম্বা মৎংদা শেমগৎকদগে হায়ববু ঐখোয়না মদুম তৌরগা পুন্সিগী খোঙথাঙ খুদিংদা পরমেশ্বর ভগবানবু থোইগৎ থোইগৎনা হেন্না নীংশীঙবা ঙম্নবগীদমক্তা শেমগৎকদবনি।

শ্লোক ৭

**প্রায়েণ মুনয়ো রাজন্নিবৃত্তা বিধিষেধতঃ।**
**নৈর্গুণ্যস্থা রমন্তে স্ম গুণানুকথনে হরেঃ ॥৭॥**

প্রায়েণ—মরু ওইনা; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; রাজন্—হে ইনিংথৌ; নিবৃত্তাঃ—হল্লী, তৌদে; বিধি—তৌ হায়বগী নিয়ম; ষেধতঃ—থিংবদগী; নৈর্গুণ্য-স্থাঃ—প্রাকৃত গুণগী রাংমদা লৈবা; রমন্তে—নুংঙাইজে; স্ম—অশেংনা; গুণ-অনুকথনে—গুণ শক শোন্বদা; হরেঃ—হরিগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ, তৌহৈবা-তৌহৈদবগী ৱাংমা লাল্লবা অদুগা নির্গুণ ওইবা মুনিশিংনা শ্রীহরিগী গুণ কীর্ত্তন তৌবদা তশেংনা নুংঙাইজে।

নৈনরোল

ৱাংলেন-ৱাংবা মুনিদি মুক্তাত্মা (অরান্ খুভম ফংলবা আত্মা) অমনি,অদুনা মঙোন্দদি বিধি-নিষেধ (তৌহৈবা-তৌহৈদবা) হায়বদু চঙদে। আত্মাগী মুক্তি তাল্লিবা সাধকপুদি মাগী গুরুনা বিধি-নিষেধ করিনো হায়বদু তাকপীদুনা লমজিংবী। অনা লাইঙেংশঙদা অদু তৌমু অদা তৌমু হায়বগা লোয়ননা লাইঙেং-হল্লিবা অনাবা মী অমগা সাধক অমগা চাংদম্নবা য়াই। অয়াম্বনা মুক্তাত্মা মুনিশিংদি প্রাকৃত-নত্তবা থবক তৌবদা নুংঙাইজে। পরমেশ্বর ভগবান্ নারায়ণ হরিদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী ৱাংমদা লৈ হায়না অদুগা মাগী রূপ-গুণশিংদি প্রাকৃত নত্তে হায়না মথক্তা মকম অমদা পনখরে। মুনিলক্কী অথোইবা মুক্তাত্মাশিংদি মখোয়গী ময়ামগা মান্নদবা অৱাংবা থাক্কী জ্ঞান বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা ভগবানবু থেংনজে, মরমদুনা ভগবৎ-লীলাশিংগী দিব্য গুণশিংদু নৈনবদা নুংঙাইজে। ভগবানগী পোকপা অমসুং থৌদৌশিংদি (জন্ম-কর্ম্মদি) দিব্যনি (প্রাকৃত নত্তে) হায়বসি ভগবান মশামক্তা ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৪।৯)। মায়া-লাংদা থুরবা মীচমশিংনা ভগবানবু ঐথোয়গীলক্তা অমনি হায়না লৌই, অদুনা মখোয়না ভগবানগী নাম-স্বরূপচিংবগী দিব্যভাব অদুবু য়ানীংদে। মুনিশিংদি প্রাকৃত ওইবা পোং অমতদা পুক্নীং চঙদে, অদুগা মখোয়না ভগবল্লীলাদা পুক্নীং থিংজিনবদুনা লেংদ্রবা প্রমাণ ওইনা তাকপদি প্রাকৃত জগৎকী ঐখোয়গুম্বা অমা ভগবান্দি নত্তে হায়বসিনি। বৈদিক সাহিত্যগী লাইরিকশিংদসু হায়রি, অদুদি—পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বদুদি অমথক্তনি, অদুবু মহাক মতম অমতদা মাগী বিশুদ্ধ ভক্তশিংগা লোয়ননা মাগী দিব্যলীলাশিংদুসু শান্নে অদুগা বলরামগী প্রকাশ ওইবা পরমাত্মা হায়বদু ওইদুনা জীবশিংগী থম্মোই লকাপ্নুংদা ভাম্ব্বোইদুনা লৈ। মরমসিনা পারমার্থিক উপলব্ধিগী খ্বাইদগী ৱাংবা সিদ্ধি হায়বদুদি ভগবানগী দিব্য গুণশিংবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌবদা নুংঙাইববুনি, ভগবানগী নির্ব্বিশেষ (শক্লাইদবা) ব্রহ্মদা লুপ্পদু নত্তে; নির্ব্বিশেষবাদী ওইবা অদ্বৈতবাদীতনা ব্রহ্মদা লুপ্পদু পাম্বনি। অওইবা দিব্য আনন্দ হায়বদুদি প্রাকৃতগুণগী ৱাংমদা লৈবা ভগবানগী গুণ-কীর্ত্তন তৌবদা ফংবনি, মহাক্কী নির্ব্বিশেষ ভাবতা লুপ্পদা ফংদে। মুনিশিংগী মৰক্তা য়াওদবা অদুগা হন্থবা থাক্কী মীতাশিং অমসুং ভগবানগী দিব্য ওইবা লীলাগুণ কীর্ত্তন তৌবদা নুংঙাইজদবা মীতাশিং কয়াসু লৈ। মখোয়না ভগবানগী লীলাশিংবু মওং লাকপগী ভাব অমদা নৈনরগা মঙোন্দা চঙদুনা মাগা অমগা ওইননবগী আশা তৌবসু যাওবি।

শ্লোক ৮

**ইদং ভাগবতং নাম পুরাণং ব্রহ্মসম্মিতম্।**
**অধীতবান্ দ্বাপরাদৌ পিতুর্দ্বৈপায়নাদহম্ ॥ ৮॥**

ইদম্—অসি; ভাগবতম শ্রীমদ্ভাগবতম্; নাম—কৌবা; পুরাণম্—পুরাণ (বেদগী মথা তাথরকপা শরুক); ব্রহ্ম সম্মিতম্ বেদগী মচি (সার) নি হায়না য়ানরবা; অধীতবান্—তম্লক্লে; দ্বাপর-আদৌ—দ্বাপরযুগগী মমৈদা; পিতুঃ—ইপাদগী; দ্বৈপায়নাৎ—দ্বৈপায়ন ব্যাসদেবদগী; অহম্—ঐ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদ পুম্নমক্তা মান্নে হায়বা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসি ঐনা দ্বাপর লোইম্নকপদা ইপা দ্বৈপায়ন ব্যাসদেবদগী তম্লকপনি।

নৈনরোল

বিধি-নিষেধগী ৱাংমদা লৈগ্রবা ৱাংলেন-ৱাংবা মুনিনা ভগবানগী কথা শ্রবণ-কীর্তন মরু ওইনা তৌদুনা লেপ্পী হায়বা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী বচনদু চুম্মী হায়বসি মহাক মশামক্কী শাজৎনা খুদম ওইরি। থাইনা য়ান্নবা মুক্তাত্মানি অমসুং ৱাংলেন্-ৱাংবা মুনিনি হায়বা শ্রীশুকদেব গোস্বামীবু মহারাজ পরীক্ষিৎকী পুন্সিগী অরোইবা মুমীং তরেৎনীগী সভাদা তিল্লম্বা অচৌবা মুনি-ঋষিশিংনা শীঙথাখিরম্মী। মহাক্কী পুন্সিনা খুদম ওইরগা মহাক ভগবানগী দিব্য-লীলাশিংনা মাগী পুক্নীংবু চিংশল্লম্মী হায়বসি খাইদা পল্লম্মী। মহাক মপাবুং শ্রীদ্বৈপায়ন ব্যাসদেবদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ তমখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ নৎত্রগা অতৈ বিজ্ঞানগী লাইরীকশিংবু কনাগুম্বনাময়ুমদা মরল্লাই বুদ্ধি শীজন্নদুনা তম্বা য়ারোই। শরীরতত্ব (হকচাঙ শাগৎপগী দিব্য) ইবা আয়ুর্বেদগী লাইরীকশিংসে কৈথেল্দা য়াম্না ফংডী, অদুবু অদুগুম্বা লাইরীকশিংদু য়ুমদা লল্লাই পারগা মতীকচাবা মাইবা-ডাক্তর ওইবা কনাসু ঙমদে। আয়ুর্বেদগী মহাবিদ্যালয় অমদা মিং চল্লগা লাইরীকশিংদু অহৈবা ওজাশিংদগী তমগদবনি। মতৌ অদুগুম্না ভগবৎ-তত্ব ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতম্দি শ্রীলব্যাসদেবগুম্বা আত্মা-উপলব্ধি-তৌরবা মীতাদগী তম্লগদা হৈগদবনি। শ্রীশুকদেব গোস্বামীদু পোকপদগী মুক্তাত্মা ওইনা পোক্লকুবসু মতীক ময়াই-লৈবা মপাবুংদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ তম্বা তাখি। ব্যাসদেবমক্সু, মহাত্মা শ্রীনারদ মুনিগী উপদেশ লৌরগা শ্রীমদ্ভাগবতম্ লেংখিবনি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনসু ভগবৎ (ভক্ত) অমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্সি তম্মু হায়না লাইবীক হৈবা ব্রাহ্মণ অমদা তাকপিখি। শ্রীমদ্ভাগবতসি ভগবানগী দিব্য-ওইবা নাম, রূপ, গুণ, লীলা, পবিকরনচিংবনা য়ুমফম ওইরগা লেংখিবনি। অদুগা ভগবানগী অবতার শ্রীলব্যাসদেবনা লীখিবনি। ভগবানগী লীলাশিংদি মাগী শুদ্ধভক্তশিংগা লোয়ননা পাঙথোকই; মবমদুনা ঐতিহাসিক ওইবা থোঁদোক কয়াসু, কৃষ্ণগা মরী লৈনবা মরম্না মহাগ্রন্থ অসি মখোয়দু পল্মী। লাইরীকসিবু ব্রহ্মসম্মিতম্ কৌই, মবমদি মাসি ভগবদ্গীতাগুম্না ভগবান্ কৃষ্ণগী খোনগী প্রতিনিধিনি। ভগবদ্গীতাসি ভগবানগী খোনগী অবতারনি মরমদি লাইরীকসিগী ৱাদু ভগবান্মক। ঙাঙখিবনি; অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্সু ভগবানগী অবতারনা ভগবানগী লীলাগী মরমদা ঙাঙখিবা ৱা ওইবনিনা লাইরীকসি ভগবানগী খোনগী প্রতিনিধিনি। লাইরীক অসিগী অহৌবদা হায়রি মদুদি বেদকল্পবৃক্ষগী সার (মচি) ওইবা শরুক্তি অদুগা ব্রহ্মগী মরমদা ইবা দার্শনিক বিষয় ৱাংলেন ৱাংবা ব্রহ্মসূত্রশিংগী মশানা ওইফম-থোকপা ভাষ্যনি লাইরীক অসি। দ্বাপর য়ুগ লোইরকপদা সত্যবতীগী মচানুপা ওইনা ব্যাসদেব পোকখিবনি, মরমদুনা 'দ্বাপর আদৌ' 'দ্বাপর য়ুগকী অহৌবা' হায়বা শব্দসি মফমসিদদি কলিয়ুগ হৌবগী মমাঙ হেক থংনবা হায়না অর্থ লৌগদবনি। ৱাযমসিগী ম্যাযদি (নাতৈদি) শ্রীল জীবগোস্বামীগী মতুং ইন্না উতোনবু উরুনি কৌবা ম্যাযগা চাংদম্নগদবনি। উরুনা উ পাম্বীগী অহৌবনি অদুবু ময়াম্না হঙনবদদি উ পাম্বীগী মথক-থংবা শরুকপু হায়না উনৈ। মতৌ অদুদা উগী মতোনবু মাগী অহৌবনি হায়না লৌনৈ।

শ্লোক ৯

**পরিনিষ্ঠিতোঽপি নৈর্গুণ্য উত্তমশ্লোক লীলয়া।**
**গৃহীতচেতা রাজর্ষে আখ্যানং যদধীতবান্ ॥ ৯॥**

পরিনিষ্ঠিতঃ—লুপ্তুনা লৈবা; অপি—সু; নৈর্গুণ্য—নির্গুণব্রহ্মদা, উত্তম—অথোইবা, শ্লোক—শ্লোক; লীলয়া—লীলানা; গৃহীত—লৌখিবা; চেতা—পুক্নীং; রাজর্ষি—হে রাজর্ষি; আখ্যানম্—ৱারী, যৎ—মসি; অধীতবান্—তম্লকপনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে রাজর্ষি, ঐহাক নির্গুণ ব্রহ্মদা লুপ্তুনা লৈরবসু উত্তমশ্লোক শ্রীহরিগী লীলাশিংনা ঐগী পুক্নীং চিংশিন্বা মরম্না ৱারীসি তমখিবনি।

নৈনরোল

অদ্বয়তত্ত্ব হায়বত্তুবু অহানবা মতাংদা জ্ঞানমার্গদা চৎলগা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম হায়না উপলব্ধি তৌই, অতুদগী মতুং তারকপদা পারমার্থিক জ্ঞান হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা পরমাত্মা ওইনা উপলব্ধি তৌই। অতুবু ভগবান্গী কৃপানা নির্ব্বিশেষবাদী অমনা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা অবাংবা থাকী রাকমশিংগী মপান্না থঙ-উশল্লকবদি মহাক পরমেশ্বর ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইরকই। বুদ্ধি রাৎপা মরম্না ঐথোয়না অদ্বয়-তত্ত্বগী পুরুষ ওইবা শক্তম লৈ হায়বসি লৌবা ঙমদে, মরমতুনা ভগবান্না পুরুষ মূর্তিদা থবক তৌই হায়বসি বুদ্ধি-রাৎপা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা কদায়দগীনো হায় অতুবু যুক্তিচাবা মরম উৎপগা লোয়ননা অদ্বয়তত্ত্ব নাক চঙনবা পারমার্থিক ওইবা নিয়ম্না শিথাঙ-থাঙথ্রবা নির্ব্বিশেষবাদীশিংবু ভগবান্গী শক্তাইবা মথংগী লীলাশিংনা চিংশন্বদা তেঙবাঙঙী। শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মীগী পুক্লীংবু মীরয়েনগী করিগুম্বা লীলানা চিংশন্বা ঙম্মোই, অতুবু অতুগুম্বা অমবু কেন্না ফবা নিয়ম অমনা থাজহল্লবদি মাবু শোয়দনমক ভগবান্গী প্রাকৃত-নত্তবা লীলাশিংনা চিংগনি। ভগবান্দি মাগী লীলাশিংগুম্না প্রাকৃত-নত্তবনি। মহাক থবক তৌদবসু নত্তে অতুগা নির্ব্বিশেষসু নত্তে।

শ্লোক ১০

**তদহং তেঽভিধাস্যামি মহাপৌরুষিকো ভবান্।**
**যস্য শ্রদ্দধতামাশু স্যান্মুকুন্দে মতিঃ সতী ॥ ১০ ॥**

তৎ - মতু; অহম্ ঐনা; তে— নঙোন্দা; অভিধাস্যামি—লীগে; মহাপৌরুষিকঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লীং-লোঙদবা ভক্ত; ভবান্— নহাক; যস্য— মহাক্কী; শ্রদ্দধতাম্—থাজবা মীশিংগী; আশু— য়াম্না থুনা; স্যাৎ—ওইরকয়ি; মুকুন্দে— মুক্তি পীবিবা কৃষ্ণদা; মতিঃ—থাজবা; সতী—লেঙদবা।

নৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অতুমক ঐ নঙোন্দা লীগে মবমদি নহাক্তি ভগবান্ কৃষ্ণগী পুক্লীং-লোঙদবা ভক্তনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্দু থাজনা অমদি পুক্লীং চঙনা শ্রবণ তৌবা মীতুদি মুক্ত-পীবা শ্রীকৃষ্ণবু (মুকুন্দবু) লেঙদবমথৈ থাজৈ।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমদি ময়াম্না খঙনববা বৈদিক জ্ঞাননি; বৈদিক জ্ঞান অসি লৌবগী লম্বীদি অবরোহ পন্থ হায়বদি গুরু শিষ্য পরম্পরা নাইনা লৌবগী লম্বী কৌরি। প্রাকৃত জ্ঞান হেনগৎনবা মতাংদদি জ্ঞান তাম্লিবা মীগী মঙম অমসুং থিজন্নীংবা হায়বতু চঙঙী, অতুগা পারমর্থিক জ্ঞানগী মতাংদদি চাওখৎ-খোঙথাঙ থাংবা হায়বতু গুরুগী কৃপাদা লৈরে। পরমার্থগী গুরুনা শিষ্যবু পেন্গাদবনি, অতুম্না পেল্লবদদা পরমার্থ-বিদ্যাগী পডোৱান্গী মমাংদা জ্ঞান অতু মথন্তুমক ফোঙ ফাওজরক্কনি। অতুম ওইনমক পন্থ অসিবু মিংত্রং তৌবা অমনা তৌবগুম গুরনা পরমার্থগী জ্ঞান অতু মাগী শিষ্যগী মশাদা বিজুলি-ঈচেন থাজনবগুম হাপচন্বা মতৌগী থবক্তি হায়না শেরাম্লনা লৌগদবা নত্তে। অশেঙবা গুরুদি শিষ্যদা মরম খুদিংমক বৈদিক জ্ঞান্না যুমফম্ ওইবা মওংদা মবম চানা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপীরিবনি। গুরুগী পাউতাকশিংসিবু শিষ্যনা মবুদ্ধি মরোশিংতনা লৌদে, নোম্লুক্না সেবা তৌনীংবা পুকচেন্দা হংজ-খোচ্চরগা জ্ঞান অতু লৌগ-দবনি। রা হায়ববু গুরু অমসুং শিষ্য অনীমক অশেঙবা ওইগদবনি। হন্দক্কী মতাঙসিদদি গুরু ওইবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা মপাবুং ব্যাসদেবদগী তম্লকপা অতুমক তাক্লগে হায়না শেমশারম্মী অতুগা মহাক্কী শিষ্য ওইরিবা মহারাজ পরীক্ষিৎসু ভগবান্ কৃষ্ণগী মহাভক্ত অমা ওইরম্মী। ভগবদ্ভক্ত অমবু ওইরগদি পরমার্থগী চঙগদবা লোইনমক মাগী ওইরে হায়না পুক্লীং শেংনা থাজবা মহাক্তো কৃষ্ণ-ভক্ত অমনি। পাউতাকসি ভগবান্ মশামক্না ভগবদ্গীতাগী লামায়শিংদা তাকখিবনি। ভগবদ্গীতাদা হায়রিবদি

ভগবান্না (শ্রীকৃষ্ণনা) পুম্নমক্কি হায়বসিনি অদুগা ভগবান্ মঙোন্দা পুঙকৎ কৎথোকপদা কৎথোক্লিবা মীদু মহাত্মা অমনি হায়বসিনিং। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা নৈবা লেঙদবা শ্রদ্ধা (থাজবা) অসিনা মী অমবু শ্রীমদ্ভাগবতম্ হৈননবগী মতীক চাইনগনি, অদুগা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা ভক্ত অমগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবা মীদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা পোলোইদা মোক্ষ ফংখিবগুম্না শোয়দনমক মমৈদা মোক্ষ ফংগনি। শেন্-তান্বা ভাগবত-পাঠক অমগা অদুগা মাগী চয়োন অমগী পাঠনা য়ুমফম্ ওইবা শ্রদ্ধাগী ভক্তমান্বা মীতাশিংগা শুকদেব গোস্বামী অমসুং মহারাজ পরীক্ষিৎ অনীগা য়াম্না থেম্বে। শ্রীলব্যাসদেবনা শুকদেবগী মফমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ ব্যাখ্যা তৌখিবসি 'জন্মাদি অস্য'-না হৌবা শ্লোক অদুদগীনি; শ্রীশুকদেব গোস্বামীসু মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা মতৌ অদুম্না ব্যাখ্যা তৌখি। ভগবান্ কৃষ্ণবু মাগী ভক্তিগী শরুক্মদা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা (তরামাথোইশুবা স্কন্ধদা) 'মহাপুরুষ' হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু কৌবদোনা বর্ণনা তৌরি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি ভক্তিগী পূকচেল্দা শ্রীকৃষ্ণমক্কি অদুগা কলিযুগসিগী পতিত ওইরবা জীবশিংবু থোইদোকপা মওংদা চান্বীগে হায়না মালেমদা কুম্বিরকপনি। শ্রীকৃষ্ণগী মহাপুরুষ ওইবা পূকচেনগী মতাঙদা থোইদোক্লা চানরবা স্তোত্রগী শ্লোক অনীথক লৈ। মথুদিঃ—

**ধ্যেয়ং সদা পরিভব-ঘ্নম্ অভীষ্টদোহং তীর্থাস্পদং শিব-বিরিঞ্চি-নুতং শরণ্যম্।**
**ভৃত্যার্ত্তি-হং প্রণত-পাল ভবাব্ধি-পোতং বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম্॥**
**ত্যক্ত্বা সুদুস্ত্যজ-সুরেপ্সিত-রাজ্য-লক্ষ্মীং ধর্ম্মিষ্ঠ আর্য্যবচসা যদ্ অগাদ্ অরণ্যম্।**
**মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সিতম্ অন্বধাবদ্ বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম্॥**

**(ভাগবত ১১।৫।৩৩-৩৪)**

অমরোমদা হায়রগা, পুরুষ হায়বদি ভোক্তা (ফংলিবা মী মহাক) হায়বনি, অদুগা মহাপুরুষ হায়বনা পরম ভোক্তা হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু হায়বনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়োগদবা মতীক-চাবা মীবু মহা-পৌরুষিক কৌই। মতীক-চাবা অশেঙবা পাঠক অমগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ পুক্নীং চঙনা শ্রবণ তৌবা মীদি মুক্তি পীবা ঙম্না ভগবানগী পূকচেন-শেংবা ভক্ত ওইরকপা শোয়দবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী মরমদা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্না পুক্নীং-চঙবা কনামতা লৈরমদে অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ তৌবদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগুম্না মতীক চাবসু কনামতা লৈরমদে। মরমসিনা আদর্শ পাঠক শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী অদুগা আদর্শ শ্রোতা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতৌ তমজবা মী খুদিংমক মথোয়দোনা মুক্তি ফংগনি হায়বদা চিংনবা লৈতে। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্রবণ তৌবতনা অরান খুভম ফংখি অদুগা শুকদেব গোস্বামীনা কীর্ত্তন তৌবদনা মুক্তি ফংখি। ভক্তি-অঙ্গ মাপনগী মনুঙদা কীর্ত্তন (শকশোনবা) অমসুং শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা) চল্লিবা অঙ্গ অনীনি। অঙ্গশিংসি লোয়নমক নৎত্রগা থরদং ওইরবসু চৎলগদি পরমধামদা য়ৌবা ঙমগনি। মরমসিনা শুকদেব গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি সম্পূর্ণ ওইনা 'জন্মাদি অস্য' হায়বা শ্লোকতগী হৌরগা তরানিথোই-শুবা স্কন্ধগী অরোইবা শ্লোকফাওবসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা অরান খুভম ফংনবগীদমক পাঠ তৌখিবনি। শুকদেব গোস্বামীনা থীখিবগুম্না থীহল্লগা শ্রীমদ্ভাগবতমদু শ্রবণ তৌ হায়দুনা গৌতম মুনিনা মহারাজ অম্বরীষতা তাকখি হায়না পদ্মপুরাণদা য়াওরি; মহারাজ অম্বরীষসু শুকদেবনা থীখিবদুগুম্না থীবা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু হৌবদগী লোইবফাওবা শ্রবণ তৌখি হায়নসু পদ্ম পুরাণসিমক্তদা য়াওরি। মরমসিনা কনাগুম্বনা ভাগবত পানীং-তানীংলবদি শৎ-শৎতুনা পাঠ তমদি শ্রবণ তৌদুনা শাম্নফদে, অদুনা মহাক মহারাজ অম্বরীষ অমসুং পরীক্ষিৎকুম্বা নিংথোরেনশিংগী মতৌগুম্না শুকদেব গোস্বামীগী মতীক চাবা প্রতিনিধি অমগী মফমদগী ভাগবত শ্রবণ তৌগদবনি।

শ্লোক ১১

**এতন্নির্বিদ্যমানানামিচ্ছতামকুতোভয়ম্ ।
যোগিনাং নৃপ নির্ণীতং হরের্নামানুকীর্ত্তনম্ ॥১১॥**

এতৎ—মসিনি; নির্বিদ্যমানানাম্—মুক্তি পাম্বশিংগী; ইচ্ছতাম্—সংসারগী অপাম্বা কোক্তবশিংগীঃ অকুতোভয়ম্—ঙকিবা লৈতবা; যোগীনাম্—যোগীশিংগী; নৃপ—ইনিংথৌ; নির্ণীতম্—অচুম্বা ৱারেপ; হরেঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগীঃ নাম—মিংথৈ; অনু—অমগী মতুংদা, মতম পুম্বদা; কীর্ত্তনম্—শকশোনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, ভগবান্ শ্রীহরিগী নাম তৎতনা শোনবতনা অকিবা কোক্লবা পাম্বৈনি, পাম্বৈসি সংসারগী অপাম্বা কোক্লবা অদুগা কোক্তিবা মীশিংগী অমসুং যোগীশিং পুম্নমক্কীনি হায়না মহাজনশিংনা লেপ্লম্লবনি।

নৈনরোল

মমাংগী থংনবা শ্লোক অদুদা মুকুন্দ (মুক্তি পীগনবা) শ্রীহরিদা আসক্তি লৈতবা য়াদে হায়খ্রে। লম্বী তোঙান তোঙানবদা সিদ্ধি ফংনীংবা মীগী মথলসু তোঙান তোঙান য়াম্মী। য়ুম্বান কৈবানবগী মুংঙাইবা পাম্বা মীতানা অয়াম্বনি। মখোয়গী মথক্তা সংসারগী মুংঙাইবগী মরম চপ চানা খঙবা অমসুং খঙবা মবম্না সংসার মায়াদগী হন্দোক্লবা পরমার্থ থিবা মীতাশিং লৈ। মখোয়সিনা আত্মা মশক খঙহনা অদুম পেন্দুনা লৈ। মখোয়গী মথক্তা, সংসার-ভোগসু পামদবা অদুগা সংসার থাদোক্কীংবগী ৱাসু থন্দবা ভগবদ্ভক্তশিংসু লৈ। মখোয়না পাম্বা হায়ববু ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনবা হায়বদুতনি। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা ভক্তশিংদি মরম্নাই করিমতা পামদে। ভগবাননবু পাম্লবদি ভক্তশিংনা সংসার ভোগ তৌবগী উপায় পুম্নমক অদুম লৌই, ভগবান্না পামদ্রগনা সংসার ভোগ তৌবগী মরম খুদিংমক লংথোকপা ঙম্মী, করি হায়নি মখোয়দি মোক্ষ হায়বদু যাঙবা থওইদবা ঙম্মী। মখোয়দি লম্নাইগী অপেনবা পামদে, মখোয়না পাম্বদি ভগবানবু পেলহনবা হায়বদুতনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা শ্রীহরিগী নাম শোল্লু হায়না হায়রি। অপরাধ লৈতবা মওংদা কনাগুম্বনা হরি নামকীর্ত্তন অমসুং শ্রবণ তৌরবদি মহাক ভগবানগী দিব্যমূর্ত্তি উগনি, অদুদগী ভগবান্গী গুণশিং খঙগনি অমসুং মহাক্কী লীলাশিংগী দিব্যভাব অদু খঙগনি। মহাজনশিংনা নাম শোন্বা শ্রবণ তৌরগা ঐখোয়না নাম শোন্গদবনি; অতৎ-অথম নাইদবমথৈ। মসিগী অর্থদি মহাজনশিংদগী শ্রবণ তৌবা হায়বসিনা অহান্বদা তৌগদবা থবক্নি। নাম শ্রবণ তৎতবা হায়বসিনা অসুম অসুম তৌরকপনা কোন্থংদা ভগবান্গী রূপ, গুণ, লীলানচিংবগী মরমদা শ্রবণ তৌবা ফংলকই। অদুদগী নাম শোন্বদা মহৈ য়াম্না শোন্বা ঙম্লকয়ি। হায়রিবা নিয়মসি ভক্তি সাধন তৌবদা সিদ্ধ ওইনবগী ঙাক নত্তনা সংসারীশিংগীসু চৎকদবা অমনি। সিদ্ধি ফংনবগী উপায়সি শ্রীশুকদেব গোস্বামীতনা লৌখিবা সিদ্ধান্ত নত্তে মমাংগী আচার্য্যশিংনসু লেপ্লবা ৱানি হায়না শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়খি। মরমসিনা বাফমসিগীদমক প্রমাণ অতৈ চংদে। হায়রিবা নিয়মসি আদর্শ-সিদ্ধি-পাম্বা অথিবা কাঙবুদগীদা নত্তনা কর্ম্মী, জ্ঞানী অমদি ভগবদ্ভক্ত পুম্নমক্কী তৌগদবা নিয়ম্নি।

শ্রীলজীব গোস্বামীনা হায়—পদ্মপুরাণগী মতুং ইন্না ভগবান্গী নাম কীর্ত্তন তৌবদি খোল হৌনা তৌগদবনি অদুগা অপরাধ-লৈতবা মওংদা চৎলগা কীর্ত্তন তৌগদবনি। ভগবান্গী মফমদা ইশাবু কৎথোক্লগা ঐখোয়না পাপকী ফল খিবিক্তগী নাম্থোকপা ঙমগনি। ভগবান্গী চরণথাদা তৌজবা পাপ পুম্নমক মাগী নাম শোল্লগা কোকনি। অদুগা ভগবান্গী নামগী চরণথাদা লঙজরবা অপরাধশিংদি কোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা নাম-অপরাধসি পদ্মপুরাণগী মতুং ইন্না তরাথক্নি। অহান্বা অপরাধদি নামদা লুপচবা সাধুশিংবু নিন্দা তৌবা (থীনা ঙাঙবা); হায়রিবা সাধুশিংসিবুদি নাম-মাহাত্ম্যবু জগৎতা শন্দোক্লিবনি। অনীশুবা

অপরাধদি ভগবান্‌গী নাম অদুবু মীওইবগী মী-মছাদুগা মাগী মিংগা তোঙানবনি লৌবগুম ভগবান্‌গী বিগ্রহগা তোঙাল্লা য়েংবা, (নৎত্রগা দেব মকোক সদাশিবগা শ্রীবিষ্ণুগা অনীবু খেন্নবা উবা। ভগবান্দি ব্রহ্মাণ্ড ময়াম পুম্নমক্কী মপুনি, মরমদুনা মহাকপু তোঙান্‌-তোঙান্‌বা মফমদা তোঙান্‌-তোঙান্‌বা মিংনা খঙনবা য়াই, অদুবু মদুনদি ভগবান্‌গী মপুঙ-ফাবগী (পূর্ণ-ওইবগী) ময়েংদি হুম্বহন্দে। ভগবান্‌গী ওইবা মিং খুদিংমক অতৈগুম্না অদুম পবিত্র ওই মরমদি মিংশিংদু লোইনমক ভগবান্‌গী ভাক্তনি। অসিগুম্বা পবিত্র নামশিংদু ভগবান্‌ মছামক্কা চপমান্নবা শক্তি চেল্লী। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা কৈনো মফম অমদা মফমদুগী মীনা খঙনবা ভগবান্‌গী নাম অদু শোন্দুনা মগুণ শকপদা কনামতবু থিংবা লৈতে। মাগী মিং পুম্নমক মঙ্গলগী মশক্তি, প্রাকৃত ওইবা পোৎ মরক্তা অমগা অমগা খেন্ননা য়েংবগুম ভগবান্‌গী মিং ময়ামদু অমগা অমগা খেন্নবা য়াদে। অহুমশুবা অপরাধনা নামতত্ত্ব খঙবা আচার্য্যশিংগী (গুরুশিংগী) ময়াথঙবু থোশাদবা হায়বদুনি। মরিশুবা অপরাধনা শ্রুতিশাস্ত্রবু নিন্দা তৌবা। মঙাশুবা অপরাধনা হরিনামগী অর্থবাদ তৌবা হায়বদি হরিনামগী মাহাত্ম্যবু পঙথা-থাগৎপনি হায়বা। ভগবান্‌গী নামগা ভগবান্‌ মছামক্কা অমতনি, অদুনা ভগবান্‌গী পবিত্র নাম্বু ভগবান্‌গা খেন্নদবনি হায়না লৌগদবনি। তরুকশুবা অপরাধনা ভগবান্‌গী মিংবু ব্যাখ্যা তৌদুনা হন্দোকপা। ভগবান্‌সি রাখল্লা পঙশা শাজনবা পোৎ নত্তে, অদুম্না মাগী মিংবু রাখল্লা পঙশা শাজনবা নত্তে। ভগবান্‌ হায়বসি মাবু লাৎচবিবা মীদুগী কল্পনা-না পঙশা শাজনবনি হায়না লৌবা খঙববাৎপা মীতাস্ম য়াম্না লৈ, মথোয়দুনা ভগবান্‌গী নামবুস্ম কল্পনা পঙতৌ তৌশনবনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা মীতানা নাম শোনবদা নাম শোনবগী ফংগদবা সিদ্ধি অদু ওইবা যারোই। তরেৎশুবা অপরাধনা পবিত্র নাম শোল্লগা মরাইনা কোকচগনি খন্দুনা তৌনিঙনা পাপ তৌবা। পাপকর্ম্মগী ফলদি ভগবন্নামগী শোনবতনা কোকই হায়না শাস্ত্রনা হায়রি। শাস্ত্র বচন অসিগী সুবিধা লৌদুনা হরিনাম শোল্লগা পাপকী ফল ময়াম কোক্কনি হায়না খন্দুনা পাপ অস্তম তৌথদুনা লৈবা মীদুদি ভগবাননা মাগী থুযা খাদা লঙজরবা মীনি (অপরাধীনি)। অসিগুম্বা অপরাধীগী অপরাধ কোক্কবা প্রায়শ্চিত্ত অমতা লৈত্রে। রাহে অমগোমদা হায়রগা, কনাগুম্বনা নামশোনবা হৌদ্রিডৈদা পাপ-চেনবা মী অমা ওইরম্বা য়াই, অদুবু নাম শোল্লগা পাপ কোকচখিনি হায়বগী আশাদা অমুক হেন্না পাপ তৌদনবদি চেকশনবা তাই। নীপানশুবা অপরাধনা প্রাকৃত জীবনগী মাযকৈদা য়াইফনবা থবক্কা ভগবান্‌গী নাম অমস্তুং নাম শোনবগবু মান্নে হায়না খন্‌বা। সংসারী ওইবগী য়াইফনবা অফবা থবক (পুণ্য কর্ম্ম) য়াম্না লৈ, অদুবু ভগবান্‌গী নাম অমস্তুং নাম শোনবদি প্রাকৃত জীবনগী যাইফনবা থবক ভাক্কী নত্তে। পবিত্র ভগবন্নামদি পবিত্র কর্ম্মনি হায়বদা কবিস্ম চিংননঙাই ওইদে, অদু হাযদুনস্ম ভগবান্‌বু সংসাবগী য়াইফনবগী থবক্কীদমক শীজল্লবা কদৌ-ডৈদস্ম তৌরোইদৌবনি। ভগবান্‌গা মাগী মিংগা পোৎশক অমত্তনিনা মাগী পবিত্র নাম অদুবু মীওইবগী সেবাদা পুশল্লকপদি তৌফদে। মসিগী ভাব হায়ববু ভগবান্না পরম ভোক্তানি (ভোগ তৌবা মহাক্তনি)। মহাক কনাগীস্ম মনাই নত্তে অদুগা কনাগীস্ম পোৎ-চ্ছনবা দোকান্দার নত্তে। মবমদুনা, ভগবান্‌গী পবিত্র নামদি ভগবানমক্কা অমতা ওইবনিনা কনামতনা মশাগী মবন্নাই কান্নবা থবক্কীদমক হবিনাম শীজল্লনবা হোৎনফদে।

মাপন্‌-শুবা অপরাধনা ভগবান্‌গী নাম শোল্লীডদবা মীতাদা ভগবন্নামগী প্রাকৃত-নঙবা স্বরূপকী মরমদা পাউতাক পীবা। পামজদবা মীতাশিংদা পাউতাকসি পীববদি মদুবু পবিত্র নামগী চরণ-খাদা তৌবা অপরাধনি হায়না লৌই। তরাশুবা অপরাধনা পবিত্র ওইবা হরিনামগী দিবা-ভাবকী মরমদা পাউ ফংলবা ফাওবদা হরিগী পবিত্র নামদা পুক্নীঙ চঙজরবা হায়বদুনি। নাম-শোন্‌বা মীনা ভগবান্‌গী পবিত্র নাম শোল্লগা ফংবা ফলদি ওইদবা অভিমানগী (অহঙ্কারগী) রাখল কোকপনি। শেরান্নবা অভিমান হায়বদুদি কনাগুম্বনা মশাবু জগৎসিগী ভোক্তানি হায়না খন্‌বা অদুগা জগৎসিদা লৈরিবা পোৎ খুদিঙমক মহাক্কদা

ভোগ তৌনবগীনি (নুংঙাইনবগীনি) হায়না খনবা অছুনি। সংসারীশিংগী জগৎ পুম্বসি "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা শেরান্নবা অভিমান অসিনা কোয়প্ পুরিবনি। অছুবু পবিত্র হরিনাম শোন্‌বগী তশেংবা ফলদি শেরান্নবা অভিমান অসিদগী অরান্-খুভম যংবছুনি।

শ্লোক ১২

**কিং প্রমত্তস্য বহুভিঃ পরোক্ষৈর্হায়নৈরিহ।**
**বরং মুহূর্ত্তং বিদিতং ঘটতে শ্রেয়সে যতঃ ॥ ১২ ॥**

কিম্—করি (ওই); প্রমত্তস্য—ময়াই-কারবগী; বহুভিঃ—ময়াম্না; পরোক্ষৈঃ—উ-খঙদবনা; হায়নৈঃ—চহী মযাম্না, ইহ—জগৎসিদা; বরম—হেন্না ফৈ; মুহূর্ত্তম্—মীৎকুপ অমা, বিদিতম্—খঙবা; ঘটতে—কনা-শুহনা হোৎনবা ঙম্মী, শ্রেয়সে—যাইফনবগী মরমদা; যতঃ—মহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী যাম্না যাম্না উবা-খঙবা-লৈতনা মাঙহল্লবা অশাঙবা পুন্সিনা মালেমসিদা করি কান্নবিবা? অদুগী শক্তকপুদি মপুঙ-ফানা খঙবা ঙম্বা মীৎকুপ অমতংনা হেন্না ফৈ, মরমদি মীৎকুপ অদুমগী জ্ঞান শুদুনা পুন্সিগী পুঙথোই থোইবা মঙ্গল অদু থিবা ঙমহল্লি।

নৈনবোল

মঙ্গল পাঙ্গা মী খুদিংনা পবিত্র ওইবা ভগবান্‌নাম শোনবসি কয়ামুক কান্নবগে হায়বদুগী মরমদা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎতা তাক্লম্মী। পুন্সি লোমগদবা মুমীৎ তবেংনিদা ঙাযবা নিংথৌগী মপুক্কীং থোগৎনবা হায়দুনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়বম্মী—পুন্সিগী তৌগদবা করিনো খঙদবমখৈ চহী য়াম্না পুন্সিবদি কান্নদে, অদুগী মহুৎ পুন্সিগী তৌগদবা করিনো হায়বদু মুম্না খঙনা খঙনা মীৎকুপ অমতং হিংবনা হেন্না ফৈ। পুন্সিগী পরম শ্রেয় (পুংথোই থোইবা য়াইফবা) হায়বদুদি নিত্যানি অদুগা চিৎ-আনন্দনা পুঙথন থনবনি। মায়া সংসারগী বহিরঙ্গ ওইবা শক্তিম্না মযাই কারবা অদুগা চাবা-থকপা তৌদুনা মুংঙাইথোকপা পাম্বা মতাগী পুন্সি লেপ্লিবা মীতাশিংনা মখোয়গী পুন্সিগী মমল য়াম্নবা চহী মযামদু অবেস্বদা মাঙহল্লগা লেপ্লি। মাওইবগী মপোকসি মায়া লাংদা থুরবা জীবাত্মাদা পীবিবগী মবমদি আত্মাগী সিদ্ধি ফংনবগীনি হায়বসি অমসুং সিদ্ধিসি ফংনবগী থুইদগী লায়বা উপাযদি ভগবানগী নাম শোনবনি হায়বসি ঐখোয়না মপুঙ ফানা খঙদোকপা চুম্মী। মমাঙগী শ্লোক অদুদা রাযমসি ঐখোয়না খবদং নৈনখ্রে, অমসুং ঐখোন অমুক নানগী চবণখাদা লঙজবা (অপরাধ) মথল ময়ামদু খঙজনবা চুম্মী। শ্রীলজীব গোস্বামীনা প্রামাণিক ওইবা শাস্ত্রশিংদগী নাম অপরাধগী মমাঙদা উক্তি কয়া পুথোকই অদুগা সমর্থন তৌই। ভগবানগী নাম শোনবতনা পাপ পুম্নমক কোকপা ঙম্মী হায়বসি শ্রীল জীব গোস্বামীনা বিষ্ণুযামলতন্ত্রগী বচন পুথোক্লগা প্রমাণ তৌই। ভগবানগী ভক্তবু নিন্দা তৌবা য়াদে অদুগা অতৈনা ভক্তনিন্দা তৌবদা নাকোঙনা তাদুনা লৈবোইদৌবনি হায়বসি মার্কণ্ডেয় পুরাণদা য়াওবি হায়না শ্রীজীব গোস্বামীনা হায়রি। ভক্ত অমনা নিন্দা তৌবা মীগী লৈ ককথৎলগা নিন্দা তৌবদু থিংগদবনি, মদু ঙমদ্রগা ভগবদ্ভক্তবু নিন্দা তৌবা নাকোঙনা তাবগী মহুত্তা আত্মঘাট তৌদুনা শিগদবনি। হায়বদি ভগবান্‌গী ভক্তবু নিন্দা তৌবদা নাকোঙনা তাফদে অদুগা নিন্দাদু তৌইনফদে। ভগবানগী পবিত্র নামগা দেবতাশিংগী নামশিংগা থেন্নদা য়েংবগী মতাংদা শাস্ত্রশিংনা হায়রিবদি (ভঃ গীঃ ১০।৪১) অসিনি মদুদি থোইদোক-হেন্দোক্লা শক্তি-চেনবা জীবশিংদি সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশ ঙাক্তনি। ভগবান্ মশামক মত্তনা অতৈ খুদিংমক মখা-থোংবা ঙাক্তি, হায়বদি ভগবান্‌গী মখা পোন্দবা অমতা য়াওদে। কনামতনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গা

মাম্লনা নৎত্রগা হেন্না শক্তিচেন্‌বা ওমদে, মরমত্থনা কনামতগী মিংনা ভগবান্‌গী নামগুম্না শক্তি চেন্দে। ভগবান্‌গী পবিত্র নাম শোল্লগা থোরকফম পুম্বদগী থোরকপা খুৎশেমগী শক্তি পুম্বত্থ ফংবা য়াই। মরমত্থনা ভগবান্‌গী মিংবু অতৈগী মিংগা মান্নৈ হায়না লৌফদে। ব্রহ্মা-শিবনচিংবা শক্তি-চেনবা দেবতা অমতনা পরমেশ্বর ভগবান্ বিষ্ণুগা থক মান্নদে। ভগবান্‌গী শক্তি-চেন্‌বা পবিত্র নাম অত্থনা মী অমগী মপাপকী ফল লোইনমক কোকপিবা ঙম্মী, অত্থবু কনাগুম্বনা পাপকী থবক তৌবদা ভগবান্‌গী নামদা য়াওরিবা শক্তিত্থ শীজিন্নগে খল্লবদি মহাক জগৎসিদা খ্বাইদগী লৈখা তারবা মীনি। মাগুম্বা মীবু ভগবান্নত্থ ঙাকপীদে ভগবান্‌গী মীনত্থ ঙাকপীদে। মরমত্থনা মী খুদিংমক্না অপরাধ লৈতবা ফীভমদা ভগবান্‌গী যশঃ কীর্ত্তন তৌত্থনা মহাক্কী পুন্সী লেন্নবা হোৎনগদবনি। পুন্সিগী অসিগুম্বা থবক্নে মীৎকুপ অমতংগী ওইরবস্থ করি-মতা খঙদবমখৈ উ-ৰাগুম্না লেনবা পুন্সিদগী অমদি আধ্যাত্মিক ওইবা থবক তৌদবমখৈ চহী লীশীং লীশীং পুন্সিবা মীতাশিংদগীত্থ হেন্না ফৈ।

শ্লোক ১৩

**খট্বাঙ্গো নাম রাজর্ষিজ্ঞাত্বেয়ত্তামিহায়ুষঃ ।**
**মুহূর্ত্তাৎ সর্ব্বমুৎসৃজ্য গতবানভয়ং হরিম্ ॥১৩॥**

খট্বাঙ্গঃ—খট্বাঙ্গ নিংথৌ; নাম—কৌবা; রাজর্ষিঃ—ঋষি ওইবা নিংথৌ; জ্ঞাত্বা—খঙত্থনা; ইয়ত্তাম্—চাং, ইহ—জগতদা; আয়ুষঃ—পুন্সিগী, মুহূর্ত্তাৎ—মীৎকুপ্তা; সর্ব্বম—লোইনমক; উৎসৃজ্য—থাদোক্লগা; গতবান চৎখি; অভয়ম্—অকিববু মাঙহনঙম্বা; হরিম্—হরিগী নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজর্ষি খট্বাঙ্গনা মর্ত্যেসিদা মহাক্কী আয়ুগী লীশাঙ খঙলত্থনা মীৎনা কুপ্পদা লৈজবা লোইনমক থাদোক্লগা অকিবা-কোকহন্-ঙম্বা শ্রীহরিগী নাক্তা চঙজখি।

নৈনরোল

দাযিত্ব মশক মুন্না খঙবা মীনা হৌভিক ওইরিবা মাগী মীওইপোক পুন্সি মকওইদা মথৌ করিনো হায়বত্থ মতম পুম্বদা নীংশীংগদবনি। পার্থিব জীবনগী খুদক খুদক্কী চেঙ-চাক-যিরোন্নচিংবা অচঙপোৎ তান্নবা হোৎনবতনা পুন্সিগী লোইবা নত্তে। হয়েংমুক্কী মপোক্তা (পরলোক হায়বত্থদা) খ্বাইদগী ফবা মফম যংননবা মথৌত্থ তৌনবা মতমপুম্বদা নীংকুপ-নাত্থম্ শেন্নত্থনা লৈগদবনি। মকওইবা ইথৌসি পাঙথোক্লবা শেম্‌শাননবগীদমক পোকপা মীওইপোক্তি। মহারাজ খট্বাঙ্গবু রাজর্ষি অমনি হায়না মফম-সিদা হায়রি মরমদি লৈপাক-ঙাকপগী মথৌ লত্তা মহাক্কী মীওইপোক্কী মর ওইবা মথৌবু করিমতা কাউ-রমদে। মসি ঙাক্তনি মহারাজ যুধিষ্ঠির অমদি মহারাজ পরীক্ষিৎনচিংবা অতৈ রাজর্ষিশিংগী পুন্সিদত্থ। মথোয়গী থৌকোক তৌবদা মীৎ-নাকোঙ শিংবগীদমক মখোয়দো ময়ামগী যিদম্নযম ওইনা মীতা ঙাক্তি। মহারাজ খট্বাঙ্গবু লাইয়াম্না লাইরৈবাক্তা লান্দারকপা হিংচাবশিংগী মথক্তা লাইয়ামগী মীচঙ ওইনা লান্থেং-ননবা হায়জরম্মী। মহাক নিংথৌ অমা ওইবনা লাল থেংনবদা লাইয়াম্থ পেলহনখি। লাইয়াম্না মহাকপু পুঙপেন পেনপ্ত্থনা সংসারদা ভোগ তৌনবা বর পীগে হায়রম্মী। মহারাজ খট্বাঙ্গত্থ মাগী পুন্সিগী থৌ-কোক্কী মরমদা থৌশাগন্‌বা ওইবনা মহাক্না পুন্সিগদবা মতম কয়া রাংলিবগে হায়না লাইয়ামদা হংখি। মসিনা তাকপদি খট্বাঙ্গত্থ সংসারগী ভোগ তৌনবগী বর পান্নমদে হায়বসিনি, মবমদি মহাক পরলোক দা লৈরুগদবা মওংগীদমক শেম শানীংলম্মী। অত্থমকপু লাইয়ামশিংনা মঙোন্দা মহাক্না পুন্সিগদবা মীৎকুপ অমতা মণ্ডায়রে হায়না তাকপীখি। প্রাকৃত জীবনগী রাংলেন-রাংবা থাক্কী মুংঙাইবত্থনা থল্লবা স্বর্গরাজ্যত্থ

নিংথৌ খট্বাঙ্গনা খুদক্তা থাদোক্লগা মর্ত্যদা কুম্লকখি অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্গী অকিবা-কোকহন্-ঙম্বা চরণ-খাদা চঙজখি। মহাক্না হোৎনবদুদা মঙ্গল ওইখি অদুগা মুক্তি পদবী ফংখি। রাজর্ষিদুনা মীৎকুপ অমতগী ওইরবস্ম হন্দক হোৎনরম্বসিদা সিদ্ধি ফংখিবগী মরমদি মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক্কী পুন্সি-থৌকোক্কী মরমদা শেম-শাদুনা লৈখিবনি। খট্বাঙ্গগী য়ারীসি পন্দুনা শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎতা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শক্তমদা পরমেশ্বর ভগবান্গী যশঃগুণ শ্রবণ তৌবা হায়বা মাগী থৌকোক অদু পাঙথোক্নবা মপুন্সিগী মুমীৎ তরেৎনীদা ঙায়রম্নবস্ম মপুক্নীং থৌগৎলম্মী। ভগবান্গী ইচ্ছানা মহারাজ পরীক্ষিৎতু খুদক্তা শ্রীশুকদেব গোস্বামীবু থেংনখি অদুগা মহাক্না থনস্বা সিদ্ধি অদু শ্রীমদ্ভাগবতম্দা ফজনা পল্লম্রে।

শ্লোক ১৪

**তবাপ্যেতর্হি কৌরব্য সপ্তাহং জীবিতাবধিঃ।**
**উপকল্পয় তৎসর্ব্বং তাবদ্‌যৎ সাম্পরায়িকম্॥১৪॥**

তব—নহাক্কী; অপি—সু; এতর্হি—মরমদুনা; কৌরব্য—হে কুরু শাগৈদা পোকপা-ও; সপ্তাহম—মুমীৎ তরেৎনী; জীবিত—হিংগদবা মতম; অবধি—ঙমখৈ ফাওবা; উপকল্পয়—তৌও; তৎ—মখোয়; সর্ব্বম্—পুম্নমক; তাবৎ মতম অদুক শাংনা; যৎ—মদু; সাম্পরায়িকম্—পরলোকগী ওইবা সাধন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কুরুশাগৈদা পোকপা মহারাজ পরীক্ষিৎ; নঙগী হিংগদবা মতম চয়োন (মুমীৎ তরেৎনি) দা মঙায়রে। মরমদুনা মুমীৎ তরেৎনীসিগী মনুঙদা নঙগী পরলোকগী য়াইফনবা সাধন তৌবো।

নৈনরোল

মতম তেল্লবগী মনুঙদা পরলোকগীদমক সাধন তৌখিবা মহারাজ খট্বাঙ্গগী খুদম পীরবা মতুঙদা শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎতা মাগী হিংগদবা মুমীৎ তরেৎনি লৈবিননিনা তরেৎনীগী মতমসি পরলোকগী য়াইফনবগীদমক সাধন তৌবদা শীঙম্নবা য়াই হায়বগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মপুক্নীং থৌগৎলম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎনা মপুন্সিগী লেপ্লিবা মুমীৎ তরেৎনী চুপ্না ভগবান্গী মহুৎ ওইবা শব্দগী আশ্রয় লৌদুনা মুক্তি ফংননবা তৌরো হায়না শুকদেব গোস্বামীনা নাকোইনা তাক্লম্বনি। অমরোমদা হায়রগনা, মহারাজ পরীক্ষিৎতা শুকদেব গোস্বামীনা লৌরম্বা শ্রীমদ্ভাগবতমগী পাঠ তৌহল্লগা মহু শ্রবণ তৌদুনা পরলোকগীদমক মীপুম খুদিংনা শেমশাগদবনি হায়বা অসিনি। সাধন অদুসু মওং-লেপ্পা অমা নত্তে, অদুমকপু তৌবদা কাম্লগদবা থৌওং খরদি লৈ, থৌওংশিংদু মখাদা হায়থরক্কনি।

শ্লোক ১৫

**অন্তকালে তু পুরুষ আগতে গতসাধ্বসঃ।**
**ছিন্দ্যাদসঙ্গশস্ত্রেণ স্পৃহাং দেহেঽনু যে চ তম্॥ ১৫ ॥**

অন্তকালে—পুন্সি লোইরমদায়দা; তু—তৌইগুম্বসুং; পুরুষঃ—মী অমনা; আগতে—লাক্লবদা; গতসাধ্বসঃ—শিবগী অকিবা থাদোকুনা; ছিন্দ্যাৎ—ককথৎকদবনি; অসঙ্গ—অনাসক্তি (পুক্নীং লুপ্তবা); শস্ত্রেণ—খুৎলাইনা; স্পৃহাম্—অপাম্বা; দেহে—হকচাঙদা; অনু—মতুং তাবা মরীদা; যে—মখোয়দু; চ—সু; তম্—মখোয়বু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুন্সি লোইরমদায়দা শিববু কিদনবা থৌনা ফগদবনি। অদুগা হকচাঙদা অমদি হকচাঙগা মরী লৈনরিবা পোৎলম খুদিংদা লৈবা আসক্তিবু অমসুং অপাম্বা পুম্নমকপু ককথৎকদবনি

নৈনরোল

মমল য়াম্লবা মীওইবগী শক্তিনা শেম শারিবা পোৎলম খুদিংমকপু ঐখোয়না থাদোক্কদবনি হায়বা রাকমসি লেঙজ্রবা রাকম অমনি হায়না হায়না মালেমথকসিদা থিল ওইনা লৈতানা লৈগনি হায়না মীয়াম্না থল্লিবসি সংসার-ইরাং-পাম্বশিংগী অপণ্ডবা হায়বতুনি। আত্মাগী মরম খণ্ডদবদগী পঙলবা চাউর-চাউরবা রাজনীতিজ্ঞ, বৈজ্ঞানীক অমদি দার্শনিক কয়ানা চহী থরদগী ওইবা মপুন্সি অসিনা লোইরে হায়না অমসুং শিরবা মতুঙদা করিসু লৈত্রে হায়না খল্লি। খণ্ডবা রাংপা অসিনা লাইরিক হৈরবনি হায়জরিবা মীতা মরক্তসু মীওইবগী লৈজবা শক্তিবু মাঙহল্লী অতুগা মতুদগী থোরকপা যল অতুসু মথেংনরি। অতুম ওইনমক অপণ্ডবা য়ুম্বানবশিংনা পরলোকদা করি থোক্লগদগে হায়বতুগী মতাঙদা করিমতা থৌশাদে। হকচাঙগী মপাম্থোংদা য়োম্লিবা ফীজোলগুম্বা হকচাঙ অসিনা তুমগ্রবা মতুঙদা জীবগী স্বরূপতি মাঙবা লৈতে হায়বসি ঐখোয়না খণ্ডফম থোকই হায়না শ্রীমদ্ভগবদগীতানা তাকপা ইহান হান্‌বা পাউতাক্লি। মী অমনা ফিমল হোংদোকপগুম্না জীবসু মাগী দেহ অমনবতু হোংদোকই, অসুম্না দেহ তোংবসিবু শিবা (মৃত্যু) কৌই। মরম অতুনা শিবা হায়বসি হৌজিক-হৌজিক ওইরিবা পুন্সিসি লোইবদা দেহ হোংবগী মতৌনি। জ্ঞান-তাবা মীদি মসিগীদমক শেম শাযম থোকপনি অতুগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা যবেন-ফবা হকচাঙ জাম্ভাতু ফংনবা হোৎনগদবনি। ফবেন ফবা হকচাঙ জাম্ভাদি চিন্ময় দেহনি, চিন্ময় দেহসি ফংবদি ভগবানগী রাজ্যদা হল্লিবা নত্রগা বন্ধগী লমদমদা চঙলবা মীতাশিংতুদনি। স্কন্ধসিগী অনীশুবা অধ্যায়দা রাকমসি শন্দোক্লা লৈনগনি, অতুবু হকচাঙ হোংবগী রা হাযরগদি ঐখোয়না হয়েংমপোক্কীদমক হৌজিক হৌজিক শেম শারগদবনি। অপণ্ডবা মতাশিনা মতম খবদগী ওইবা পুন্সিসিবু য়াম্না লুনা তৌই, মরমতুনা অপণ্ডবা লুচিংবশিংনা হকচাঙ অমসুং হকচাঙগা মরী লৈনবা পোত্তাশিংগী রাদমক পল্লী। হকচাঙগী মরী হায়রগা ঐ-ঐগী হকচাঙদবু হায়বা নত্তে, মাসনা কেল্লিবদি ইমুংগী মাশিং হায়বদি মুপী, অঙাঙ, সমাজ, দেশ অমদি পুন্সি লোইবগা লোইবা নাংরিবা পোৎ পূম্নমক্লি। শিববা মতুংদা লৈবিবা হকচাঙগী অমসুং হকচাঙসিগা লৈনবা মরী পূম্নমক্কী রা ঐখোয়না কাউই। মসি করম তৌবনো হায়রবতু ঐখোয়না অহিংদা ফমুংদা তুম্লগা খবা খণ্ডবা ঙম্মী। তুমখুন গুল্লিবৈদা এখোয়না হকচাঙসি অমসুং মসিগা লৈনবা মরী পূম্নমক কাউই, তৌবগীদি কাউরিবসি পুণ্ডা খবগীদমক্লি। শিবা হাযবসি পুণ্ডা খরা তুমলুবা নত্তনা করিসু নত্তে, মতমতুদা অনৌবা হকচাঙ-পোলাং অমা শাগৎনবা তৌই, অতুগা শাগৎলিবা হকচাঙ অতুদি ঐখোয় ঐখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না প্রকৃতিনা পীবা হকচাঙনি। মরমসিনা হৌজিক লৈরিবা পুন্সিসিদা ঐখোযগী অপাম্বতু হোংদোক্লবা তৌবা তাবনি। মরমসিগীদমক হন্দক মপোক্কী পুন্সিনা লৈবিবৈদা অৎঙ অহৈদগী হৈনবা তম্বা তাবনি। তম্বসি পুন্সিগী মতাঙ অমদা হেক্তা য়াই, কবি হায়নি শিরমদাই মীৎকুপ থরদা ডাযরিবৈদসু য়াই। অতুবু মহৌশানা চৎনরকপা নিয়মদি তম্বসি (প্রশিক্ষণসি) পুন্সিগী ঙল্লিবৈগী মতাঙদগী হায়বদি ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌবগা অতুম চৎথরক্তনা গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস আশ্রমগী ফাওবা চৎথগদবনি। মসিবু বর্ণাশ্রমধর্ম্ম নত্রগা সনাতন ধর্ম্ম হায়বদি মীওইবগী পুন্সিবু মপুঙ ফাহম্নবগী খ্বাইদগী হেনবা ধর্ম্ম কৌই। মরমসিনা চহী যাম্খে হেক শুবগা (মতুদগী ঙস্থনা ঙমদ্রগসু) পারিবারিক, সামাজিক, অমসুং রাজনৈতিক পুন্সিদা লৈরম্বা আসক্তিতু থাদোক্লবা তৌগদবনি, অতুগা বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস আশ্রমদা হায়বিবা প্রশিক্ষণ (*training*) অসি হয়েংমুক মপোক্কীদমক শেম-শাননবগী ওইনা পীগদবনি। অপণ্ডবা সংসারীশিংনা মীযামগী লুচিংবা শাবতুনা য়ুম্লিংবগী হীরমশিংগী মরী ককথৎনবা হোৎনগে হায়বদি লৈততুনা হীরমশিংতুদা মথরাই লুপশল্লি। মতৌ অতুম তৌবনা প্রকৃতিগী নিয়ম্না লাক্‌খুতুনা মখোয়গী তৌজমন ওইনা অপোবা হকচাঙ (স্থুল দেহ) ফংঙী। অসিগুম্বা নেতাশিংবু মখোয়না শিরবা মতমদা প্রজা মীয়াম্না সম্মান তৌবা য়াই, অতুগা সম্মান অতুনদি নেতাশিংতু থোঙ খুৎ চেৎনা পুন্দুনা মী থুদিংবু থম্লিবা প্রকৃতিগী নিয়মদগী লাম্থোক্কনি হায়বা

নত্তে। মরমসিনা পরিবারদা, সমাজদা, দেশদা অমদি হায়রিবশিংসিগা মরী লৈনবা পোৎ থুদিংদা লৈবা আসক্তিদু ভগবান্গী প্রেম-সেবাদা হাপচন্দুনা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা পরিবারগী সম্বন্ধ পুম্না থাদোকপনা মফরে। পরিবারদা লৈবা আসক্তিগী বাসনা পুম্নমক থাদোকদবনি হায়বসি মফমসিদা হায়রি। হায়রিবা আসক্তিগী বাসনাশিংদগী হেন্না ফবা বাসনা ফংনবগী তাঞ্জাদি লৈবা তাবনি, নৎত্রগদি বাসনা কত্তবশিংসি থাদোক্লবা তাঞ্জা লৈরোই। বাসনা (অপায়বা) হায়বসে মীওইবগী পোকপদগী লোইনরক্লবা পোৎনি। জীব-স্বাদি নিত্যানি, মরমদুনা, জীবগী হৌনশা ওইবা বাসনাস্থ নিত্যনি। মরমসিনা কনামতনা বাসনা তোকপদি ঙম্মোই, অদুম্নদি ওইরগা বাসনাগী বিষয়দুদি হোংদোকপা য়াই। মরমদুনা ঐখোয়না ভগবান্গী নাক ইরানয়াইদুদা হন্নবা বাসনাদু লৈনবা হোৎনগদবনি; অদু ওইরবদি মশানা অদুম প্রেম সেবাদা চঙশনবা হেঙ্গৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা সংসারগী লন্থুম, সম্মান, সংসারীশিংনা য়াবা হায়বনচিংবগী বাসনাশিংসু অস্থম অস্থম ময়েং তাথরকনি। জীবনা পোকপদি সেবাগীদমক্নি, অদুনা মাগী বাসনাশিংবু সেবাগী থবক্কী ঙাক ওইহনগদবনি। রাষ্ট্রগী মকোক কোক্লেন ওইরিবা মীদগী হৌদুনা লমজাও-সোড়োকী লায়র-চুদৎনরবা চাক্লিবা ফাওবেনা অতোপ্পশিংদা সেবা মখল অমা নৎত্রগা মখল অমা তৌরিবনি। সেবাগী পূকচেনগী মপূঙ ফাবদি সেবাগী বাসনাদু জড় বস্তুগী ওইবদগী আধ্যাত্মগী হায়বদি শয়তানগী ওইবদগী ভগবান্গী ওইহল্লগাদা ওইগদবনি।

শ্লোক ১৬

**গৃহাৎ প্রব্রজিতো ধীরঃ পুণ্যতীর্থজলাপ্লুতঃ।**
**শুচৌ বিবিক্ত আসীনো বিধিবৎ কল্পিতাসনে॥ ১৬ ॥**

গৃহাৎ—য়ুমদগী; প্রব্রজিতঃ—থোক্লদুনা; ধীরঃ—ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা; পুণ্য—অশেঙবা; তীর্থ- লাই-ফম; জল-আপ্লুতঃ—ইরুজরবা; শুচৌ—চামথোক্লবা; বিবিক্তে—অচীকপদা; আসীনঃ—ফম্না; বিধিবৎ—নিয়ম নাইনা; কল্পিত—তৌবা; আসনে—ফিদাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী খুদিংনা য়ুম থাদোক্লুনা আত্ম-সংযমগী (ইন্দ্রিয়-খুদুম চল্লবা)শাজেল তৌগদবনি। তীর্থদা নিয়ম নাইনা স্নান তৌদুনা অচীকপা মফমদা হকচাঙ শেংনা ফমগদবনি।

নৈনরোল

হেন্না ফবা মপোক অমা ফংলুনবগীদমক শেম-শানীংলবদি ময়ুমনি হায়রিবা অদু থাদোকদবনি। কনাগুম্বগী চহী য়াঙ্খে হেক লাম্স্নোকপগা য়ারিবমথৈ থুনা ইমুং মনুংগী ভার পুবদগী পোথাবা হায়বসি বর্ণা-শ্রমধর্ম্মনা হায়বদি সনাতনধর্ম্মনা য়েক্লুনা তাক্লিবনি। আধুনিক সভ্যতাগী য়ুম্ফমদি ইমুং-মনুংগী হকচাঙগা মরী লৈনবা নুংঙাইবদুনি। মরমদুনা থবক্কুগী পোথারবা মতমদা চাবা শেৎপা তুম্বা-হিপ্পা থুয়া তুশীৎনা পানবগী নুংঙাইবগী পুন্সিদু শকহেননী হুপী অঙাংশিং অমস্থং ফমুং-কাংথোম্না লৈতেংলবা য়ুমদা লৈবা পাম্নে। সরকারগী অচৌবা কর্ম্মচারীশিং অমস্থং মন্ত্রীশিংনা মখোয়গী পাম্নরবা ফম অদু য়োংনা চু পায়বগুম শিত্রিফাওবা পায়দুনা লৈ, অদুনা মখোয়না য়ুমগী নুংঙাইবদু থাদোকনিঙবগী রাখল মমঙদফাওবা মঙদে। অসিগুম্বা মায়া লাংদা থুখিবনা সংসারীশিংনা অমুক হেন্না হকচাঙগী ওইবা নুংঙাইবদু ফংননবা হায়দুনা মখল মথাগী থোরাঙ লৌখৎলি, অদুবু খঙহৌদবমথৈ মৃত্যু হায়বদুনা নিঙ্গুংশি থঙদবমথৈ লাক্লগা থোরাঙ চাউবা মহাক্না চৎনীংদ্রবস্থ অদুম পুদুনা চৎলি অমস্থং মহাক্না হৌজিক লৈজরিবা হকচাঙদু অতোপ্পা হকচাঙ অমা লৌননবগীদমক নমথা-থাদোকহল্লি। অসিগুম্বা থোরাঙজাওবু যোনি লক্ষ ৮৪ গী মরক্তুগী অমদা মাগী তৌজমল ওইনা পোকহল্লি। হয়েংমুক্কী মপোক্তা, ইমুং-মনুংগী নুংঙাইবদা আসক্ত ওইবা মীতাশিংবু মখোয়গী

শাংলবা পুন্সিদা তৌথিবা পাপকর্ম্মগীদমক তোম্ববা যোনিদা পোকহল্লি। মতৌ অসুম্না মীওইনা পোকপা পুন্সিগী শক্তি পূম্নমক শেরাম্ননা শীজন্নহুনা মাঙহল্লি। মীওইনা পোক্লকপা পুন্সিবু শেরাম্ননা শীজন্নহুনা মাঙহন্দনবা অহুগা ওইদবা পোত্তাদা আসক্ত ওইহন্দনবা চহী য়াম্খৈ হেক শুরকপদা (ভস্তানা ভমদ্রবস্থু) মৃত্যু লাকনি হায়বগী পাউমেল অহু লৌগদবনি। য়া হায়ববু অসিনি মহুদি মৃত্যু লাকপগী পাওমেন্দি হান্নদগী লৈরবনি হায়বসি শোয়ফদ্রবনি হায়না লৌগদবনি; চহী য়াম্খৈগী মমাঙদফাওবা মী শিবা য়ারিবনি। পুন্সিগী মতাঙ খুন্দিংদা হয়েংমুক্তা অমুক হেন্না ফবা মপোক্তা পোকলুনবা শেম শাগদৌবনি। সনাতনধর্ম্ম হায়না লেংলন্নিবসি ধর্ম্মসি চংপা মীনা মপুন্সিহু শেরাম্ননা শীজন্নবা তৌদবমখৈ হয়েংমুক্তা হেন্না ফগংপা মপোক ফংবা য়াননবন্নীদমক প্রশিক্ষণ (*training*) লৌগদবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা তীর্থ পূম্নমকসি অফবা মপোক ফংজনীংবা সংসারদগী পোত্থারবা মীশিংনা বাস তৌনবগীনি। জ্ঞান তাবা মীশিংনা পুন্সি-তামৈদা তীর্থদা চংফম থোকই, মহুগীদমক চহি য়াম্খৈ শুরবগী তুংদা সংসারদা লৈবা আসক্তি কোক্লনবা আত্মাগী উদ্ধারগীদমক লেনবা পুন্সি মরেল্ল অহু লেনফম থোকই; মরমদি পরিবারদা লৈবা আসক্তি হায়বহুদি মায়ানা ফা পূনবা হায়বহুনি। মায়াদগী লাপ্তোক্লবা মীওইববু য়ুম থাদোকউ হায়নৈ, মরমদি শিবফাওবা পরিবারাদা আসক্ত ওইহুনা লৈরবদি মায়াদা লৈবা আসক্তি অহু কোক্লোই, অমসুং মায়াদবু আসক্ত ওইহুনা লৈরিব-মখৈদি আত্মা-মুক্তি হায়বহু করিনো হায়বা খঙলোই। অহু হায় হায়হুনসু, য়ুম থাদোক্লগদা নংত্রগা তীর্থদা য়ুম অমা আইন কায়বা কায়দবা খঙদবমখৈ শাহুনা লৈরগা লোইরে হায়না মুংঙাইথোকপদি কান্নদে। মী য়াম্না ময়ুম থাদোক্লুনা অসিগুম্বা তীর্থদা চংতুনা লৈনৈ, অহুবু সঙ্গ ফত্তবদগী লোনজা-লোম্থ্রন্নুনা মুপী পাম্নহুনা লৈবা য়াওনৈ। মায়াগী শক্তিসে কয়াম্নুক কনবগে হায়ববু পুন্সিগী মতাঙ খুদিংমক্তা মায়ানা খুহুম হেক্তা চনগল্লি, মী মানা মুংঙাইরবা ময়ুম থাদোকচৈ হায়বহুঙায়। মরমহুনা মীপুম খুদিংনা মুপা-মুপী পাদোঙনবগী রাখল থাদোক্লুনা ইন্দ্রিয়-সংযমগী শাজেল তৌগদবনি। হিংবগী ফীভম ফগংহন্নীঙবা মীগী-দমক্তি পাদোঙনবা হায়বসে মশা মথন্তবু হাত্তোকচবা নংত্রগা মহুদগী হেন্না ফত্তবা থবক তৌবগুম্বনি হায়নৈ খন্নৈ। মরমসিনা য়ুম্বানবা পুন্সিদগী লাপথোকপা হায়বগী অর্থদি ইন্দ্রিয়গী বিষয় পূম্নমক্তগী লাপথোক্লুনা ইন্দ্রিয় খুহুম চনবা হায়বহুনি থোইদোক হেন্দোক্লা মুপী মুপা পাদোঙনীঙবৰু তোকপা হায়বহুনি। তীর্থদা লৈরগা চংকদবা নিয়মদি অশেঙবা যক নংত্রগা শজী মউল নত্রগা গালিচা যিদা অমদা আসন ওইনা ফম্নগা মথক্তা হায়খিবগুম্না অপরাধ লৈতবা ফাভনদা ভগবানগী নাম শোনবা অহুনি। নিয়ম মপূঙদি মায়াগা মরী লৈনবা থবক পূম্বদগী পূক্লীংবু চিংথোক্লবা তৌবা অহুগা ভগবানগী থোঙ-থম্বানদা চপ য়ুংনা পূক্লীং লুপ্পনি। আত্মাগী অকারমগী মায়কৈ পাংবগী মতাংদা মতেঙ ওইগদবা থবক্তি হায়রিবা নিয়ম ইচম-চম্বসিনি।

শ্লোক ১৭

**অভ্যসেম্মনসা শুদ্ধং ত্রিবৃদ্‌ব্রহ্মাক্ষরম্ পরম্।**
**মনো যচ্ছেজ্জিতশ্বাসো ব্রহ্মবীজমবিস্মরন্ ॥১৭॥**

অভ্যাসেৎ—হন্না হন্না তৌগদবনি; মনসা—পূক্লীংনা; শুদ্ধম্—তশেংবা; ত্রিবৃৎ—অহুম্না শাবা; ব্রহ্ম-অক্ষরম্—ব্রহ্ম ময়েক; পরম্—পুঙথোই থোইবা; মনঃ—পূক্লীং; যচ্ছেৎ—ফাজনগদবনি; জিতশ্বাসঃ—স্বরগী চাং নাইহন্দুনা; ব্রহ্মবীজম্—ব্রহ্মগী মরূ; অবিস্মরন—কাউবা তৌদবমখৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথক্তা হায়খিবগুম্না যম্নগা, ব্রহ্ম-অক্ষর অহুম্বু (অ, উ, ম্) পূক্লীংনা নীঙশিংগদবনি, অহুগা সোর চাং নাইনা হোলহল্লগা ব্রহ্মবীজবু কাউদনবা পূক্লীং লাকশনগদবনি।

### নৈনরোল

ওঙ্কাব নৎত্রগা প্রণব অসি ব্রহ্মবু অনুভূতি তৌনবা বীজনি (মরূনি) অদুগা মসিবু ব্রহ্মাক্ষর হায়বদি অ-উ-ম্ ময়েক অহুমসিনা শাবনি। মুংশাসোর হোনবগা লোয়ননা পূক্লীংনা প্রণব মন্ত্র শোনবসি মহা-যোগীশিংনা পুথোক্লম্বা সমাধিদা চঙনবা আধ্যাত্মিক পাম্বৈদি ওইরগা হকচাঙগী শাজেম্না ওইবা পাম্বৈ অমনি; পাম্বৈসিনা কনাগুম্বনা মায়া লাংদা থুরবা মপূক্লীংবু ফাজনবা ঙম্মী। মসুম তৌরগা পূক্লীংগী শাজৎ হোংদোকপা য়াই। পূক্লীংবু হাত্তোক্কদবা নত্তে। পূক্লীংবু নৎত্রগা মাগী অপাম্ববু তোকথোকউ হায়বা য়াদে, অদুবু আত্মা উপলব্ধিগীদমক ওইবা য়াবা অপাম্বা অমা পুখৎলক্লবা পূক্লীংবু শীজন্নবগী মওং মতাদু হোংদোকপা তাই। থবক তৌবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী শাথোবদি পূক্লীংনি; মতৌ অসুম ওইবনা খাথন থনবগী, (*thinking*) খঙবগী (*feeling*) অমসুং অপাম্বগী (*willing*) মওংদু হোংদোক্লবদি খুৎলাইগী মশক ওইবা ইন্দ্রিয়শিংনা তৌবা থবক্কী মওংসু মশানা অদুম হোংলক্কনি। ওঙ্কারসি শব্দব্রহ্মগী বীজনি (মরূ, হৌরকফমনি), শব্দব্রহ্মসিতনা পূক্লীং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু অপাম্বা মওংদা হোংহনবা য়াগনি। মিহুন চোইরবা অঙাওবা মীবু যাওবা শব্দব্রহ্মসিতনা লাযেংহুনা যহনবা ঙম্মী। ভগবদ্গীতাদা প্রণব (ওঙ্কার) অসিবু পরব্রহ্মগী ময়েক্কী (অক্ষরগী) মওংদা লোবকপা সাক্ষাৎ মহুৎনি হায়না লৌরি। ভগবানগী পবিত্র নামবু সাক্ষাৎ ওইনা উচ্চারণ তৌবা ঙমদবা মীনা প্রণব (ওঙ্কার) অসি শোনবা য়াই। ওঙ্কারসি 'হে প্রভু (হে ইবুংঙো)' হায়না কৌবগী অমদি 'ওঁ হরি ওঁ' হায়বগী অর্থ 'হে প্রভু পরমেশ্বর ভগবান্' হায়বগুম্না কৌবগী খুদমনি। ঐখোযনা হান্নমা হাযখিরগুম্না, ভগবানগী নামদি ভগবান মশামক্কা অমতনি। মতৌ অদুগুম্বনি ওঙ্কারসু। কনা কনাগুম্বা মীনা মখোযগী ইন্দ্রিযশিংদু শোইনাইবা মরম্না ভগবানগী বিগ্রহ-মূর্ত্তিবু নৎত্রগা নাম অদুবু উপলব্ধি তৌবা ঙমদে। অসিগুম্বা শোইনৌ সাধকশিংনা আত্মা উপলব্ধি তৌবা ঙম্নবা মখোয়বু স্বর সাধন তৌবগা লোইননা মতম অমত্তদা প্রণব মন্ত্র পূক্লুংদা শোনবসি তাকপী তীকপী। ঐখোবনা কয়ারক হন্না হাযথ্রবদুনি, ভগবানগী দিব্য ওইবা নাম-রূপ গুণ-লীলানচিংবসি ঐখোয়গী লৈরিবা প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংসিনা পাম্বৈ ওইদুনা খঙবা ঙমদবা মরম্না ইন্দ্রিযশিংগী থবক পুম্নমক্কী কেন্দ্র ওইবা পূক্লীংনা আত্মাবু অনুভূতি তৌনবা হোৎনগদৌরনি। ভক্তশিংদি অদ্বয়তত্ত্ব ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তিদা মখোযগী পূক্লাংদু লুপ্পা ঙম্মী। অদ্বয়-তত্ত্বগী সবিশেষ রূপ অদুবু লৌশিনবা ঙমদবা মীতাদি নির্ব্বিশেষ ওইনা ভগবানবু খলহল্লগা মথা তানা চথনা চুন্নবা শের্মনি।

### শ্লোক ১৮

**নিযচ্ছেদ্বিষয়েভ্যোঽক্ষান্মনসা বুদ্ধিসারথিঃ।**
**মনঃ কর্ম্মভিরাক্ষিপ্তং শুভার্থে ধারয়েদ্ধিয়া ॥১৮॥**

নিযচ্ছেৎ চিংথোকউ; বিযযেভ্যঃ— ইন্দ্রিয়না পাম্বা পোৎশিংদগী, অক্ষান্— ইন্দ্রিযশিংবু; মনসা— পূক্লীংনা, বুদ্ধি —লৌশিং; সারথিঃ —শাথোবা, মনঃ— পূক্লীং; কর্ম্মভিঃ —মহৈ-পাম্বা থবকশিংনা; আক্ষিপ্তম্ —চিংশল্লবা, শুভ-অর্থে— ভগবান্গীদমক্তা, ধারযেৎ —থিনগদবনি. ধিয়া বুদ্ধিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা, লাক্‌ছল্লবা পূক্লীংগী মতেঙনা ইচাই-চাইরম্বা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোযগী বিষয়শিংদগী খোমজন্দুনা মযম অমদা থমজনগদবনি। অবেম্না করিনো তাকপা বুদ্ধিবু সারথি ওইনা হাপকদবনি। প্রাক্তন সংস্কারনা (নহান মপোত্তগী হৌরকপা ওইবা) ধর্ম্মগী লীচাঙ কনপনা প্রাণায়ামগী পাম্বৈনা পূক্লীংবু লেঙহন্দবা ঙমদ্রবদি ভগবানগী সেবাদা পূক্লীংবু থিংজল্লগা বুদ্ধিগী পাম্বৈনা ভগবান্গী ভাবনাদা লুপহনগদবনি।

নৈনরোল

প্রণব জপ তৌরগা অমসুং মুংশাম্বর খুত্থুম চন্দুনা পুক্নীংবু অপ্রাকৃত ওইহন্নবগী অহান্‌বা সাধনসিবু যৌগিক প্রাণায়াম হায়বা পারিভাষিক শব্দসি ওইনা শীজন্নে। প্রাণায়াম হায়বদি মুংশাম্বরবু মপুঙ ফানা খুত্থুম চন্‌বা হায়বনি। প্রাণায়ামসিগী পোলোই ওইবা মতাঙদি সমাধি হায়বা পারিভাষিক শব্দসিনি। ঐখোয়না খণ্ডবদা সমাধিগী অবস্থাসিনফাওবা বিষয়দা লুপ্না মন-বু খুত্থুম চন্‌বা ঙমদবা য়াওরি। খুদমগী মশক ওইনা যোগীবর বিশ্বমিত্র মুনিত্থু সমাধিগী থাক্তা কারবা ফাওবদা ইন্দ্রিয়না লাকৃথ্‌বা অমা ওইখি অত্থুগা মেনকাগা লৈমিন্নখি। মসি ইতিহাসদা চেজল্লবা য়ারীনি। পুক্নীংসিনা হৌজিক হৌজিকমক ইন্দ্রিয় পেল্লবা থবক তৌত্রবসু, হান্না তৌখিবশিংত্থু পুকনুংথাদা লোৎতুনা লৈরম্বদগী ক্ন্ড ফাওরক্তুনা পুক্নীংনা নীংশীঙলকই। অত্থুনা আত্মাবু উপলব্ধি মপুঙ ফানা তৌগদবদা য়ৈখায়বা পী। মরমসিনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা শূকশোয়-শোয়রোইদৌবা পাম্বে হায়বদি ভগবানগী সেবাদা পুক্নীং থিংজন্‌বা হায়বসিনা মফমে হায়না তাক্লি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনসু ভগবদগীতাদা (৬।৪৭) সাক্ষাৎ সাধনসি তাকপীখি। মরমসিনা পুক্নীংবু প্রাকৃত নত্তবা য়াখন্না শেংদোক্লগা ঐখোয়না ভক্তি-অঙ্গ শ্রবণ-কীর্ত্তন অসিনচিংবা পাম্বেনা ভগবানগী প্রেম সেবাদা চঙরনা চুম্মী। হায়রিবা নিয়মসি ওজা নাইনা ফজনা চংপদনা চোইজাইনরবা পুক্নীংগী মীতানা অকারম যংনবগী শূকশোয়-শোয়দ্রবা লম্মীনি।

শ্লোক ১৯

**তত্রৈকাবয়বং ধ্যায়েদব্যুচ্ছিন্নেন চেতসা।**
**মনো নির্বিষয়ং যুক্ত্বা ততঃ কিঞ্চন ন স্মরেৎ।**
**পদং তৎপরমং বিষ্ণোর্মনো যত্র প্রসীদতি ॥ ১৯ ॥**

তত্র -মত্থুদগী, এক—অমমম্; অবয়বম—হকচাঙ কায়াৎ, ধ্যায়েৎ—ধ্যান তৌ (মত্থুতবু খল্লু); অব্যাচ্ছিন্নেন -শক মপূমদগী চোইথোক্তবমখৈ; চেতসা—পুক্নীংনা; মনঃ—পুক্নীং; নির্বিষয়ম্—ইন্দ্রিয়গী বিষয়না মোত্তবা; যুক্ত্বা— থিংজল্লগা; ততঃ -অত্থুগী তুংদা; কিঞ্চন— করিসু; ন—নত্তে; স্মরেৎ—নীঙশিংঙু; (ন স্মরেৎ—নীঙশিংফদে); পদম- -খোঙ; তৎ - মত্থু; পরমম্—অথোইবা; বিষ্ণোঃ—শ্রীবিষ্ণুগী; মনঃ—পুক্নীং; যত্র—মত্থু, প্রসীদতি - পেল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্থুদগীদি, বিষ্ণুগী দেহ মপূম খনবদি তোক্লগা মত্থুগা লোয়ননা বিষ্ণুগী হকচাঙ-কায়াৎপু অমমম ওইনা ধ্যান তৌগদবনি। মত্থুম তৌববদি পুক্নীংনা ইন্দ্রিয় বিষয় খন্দবা যাগনি। মতমত্থুদা অতোপ্পা পোৎ অমতা নীংশিংযদে। পরমেশ্বর ভগবান বিষ্ণুদি পরমতত্ত্ব ওইবা মরম্না পুক্নীংনা পরমতত্ত্বদা লুপ্পী।

নৈনরোল

মুংঙাইবা থিথরকপগী পম্বুং-পোলোইদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগা সাক্ষাৎ হকথেংনবা হায়বত্থুনি হায়বসি বিষ্ণুগী বহিরঙ্গ-শক্তিনা ককথাওনহল্লবা অপঙবা মীতাশিংনা খঙদে। বিষ্ণুতত্ত্বসি পরমেশ্বর ভগবানগী দিব্য রূপশিংগী ঙমখৈ নাইদবা শকফোঙনি। অত্থুগা বিষ্ণুতত্ত্বগী পরম অমদি আদি ওইবা রূপ অত্থুদি সর্ব্বকারণকারণম্ (থোরকফম পুম্নমক্কী থোরকফম) ওইবা গোবিন্দ হায়বদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি। মরমসিনা বিষ্ণুবু ধ্যান তৌবা হায়বদি বিষ্ণুগী দিব্য-রূপ অত্থুবু ধ্যান তৌবা, খোইদোক হেন্দোক্লা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌবা হায়বসিনা ধ্যানগী তরোইবা য়ানি, মসিদগী হেনবা অতৈ অমা লৈতরে। ধ্যান অসি ভগবানগী খোঙদগী হৌবা য়াই। অত্থুম্নদি ওইরগা ভগবানগী রূপ মপূমত্থুবু কাউথোকপা য়াদে হায়বদি রূপ মপূমত্থুদগী লমথৈগদবদি নত্তে। মতৌ অসুম তৌরগা ভগবানগী দিব্য দেহগী কায়াৎশিংত্থু অমগী মতুংদা

অমা ওইনা ধ্যান তৌবগী অভ্যাস তৌগদবনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা পরমেশ্বর ভগবানদি নিরাকার নত্তে হায়বত্থু তশেংনা হায়রি। মহাক পুরুষনি, অত্থুবু মাগী দেহদি ঐখোয়গুম্বা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী দেহগা খেন্নে। অত্থু নত্রগদি প্রণব (ওঙ্কার) দগী হৌরগা বিষ্ণুগী হকচাঙ-কায়াৎ পুম্ববু ধ্যান তৌবগী বাসি শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা আধ্যাত্মিক সিদ্ধিগীদমক তাক্লমোইদৌবনি। ভারতকী মন্দির অচৌবশিংদা পুজাগী-দমক থম্বা বিগ্রহমূর্ত্তিশিংসি চুম্নগী মূর্ত্তি অমা হেক লাৎননবা থৌরাংবনি হায়না জ্ঞান বাৎপা মীনা শেরান্না হায়জিল্লিবত্থুগুম্না তৌবা থৌরাং নত্তে। মন্দিরশিংসি বিষ্ণুগী দিব্য দেহগী কায়াৎশিংত্থু ধ্যান তৌনবা মফম ওাক্লি। বিষ্ণুমন্দিরদা থল্লিবা বিগ্রহ মূর্ত্তিত্থু ভগবান বিষ্ণুগী অচিন্ত্য (খ্বাইনা খনূবদা থোক্তবা) শক্তিনা বিষ্ণুমক্তা অমতা ওইরিবনি। মরমসিনা, শাস্ত্রগী বা মতুং ইন্না, মন্দিরদা বিষ্ণুগী হকচাঙ-কায়াৎশিংবু সাধক-শিংনা ধ্যান তৌবসি শুকদেব গোস্বামীনা তাকপা মতুং ইন্না মফম অমদা চেংনা ফম্নগা প্রণব-ওঙ্কারবু নত্রগা বিষ্ণুগী কায়াৎশিংবু ধ্যান তৌবা ঙমদবা মীশিংগীদমক্তদি য়াম্না খুদোংচাবা অমনি। মীচমশিংগীদি ব্রহ্মাক্ষর অ উ-ম্-না ওইবা ওঙ্কারবু ধ্যান তৌববুদি মন্দিরগী বিষ্ণুগী রূপ ধ্যান তৌবনা হেন্না কান্নগনি। ওঙ্কারগা বিষ্ণুগী রূপশিংগা করিমতা খেন্নদে, অত্থুবু পরতত্ত্বগী দিব্যগা শম্নদবা মীশিংনা বিষ্ণুগী রূপশিংগা ওঙ্কারগা খেন্নে হায়ত্থুনা খৎনৈ। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবদি বিষ্ণুগী রূপ অত্থুনা ধ্যানগীদমক তাম্নরিবা অরোয়বা পম্বুংনি, মরমসিনা নিরাকার ওঙ্কার ধ্যান তৌবগী শরুকপুদি বিষ্ণুগী রূপশিংবু ধ্যান তৌবনা হেন্না ফৈ। অত্থুগা ওঙ্কার ধ্যানসিনা বিষ্ণুরূপ ধ্যানদগী বাবম্ হেল্লি।

শ্লোক ২০

**রজস্তমোভ্যামাক্ষিপ্তম্ বিমূঢ়ং মন আত্মনঃ।**
**যচ্ছেদ্ধারণয়া ধীরো হন্তি যা তৎকৃতং মলম্॥ ২০॥**

রজঃ—প্রকৃতিগী রজঃ গুণ; তমোভ্যাম্—প্রকৃতিগী তমঃ গুণনা; আক্ষিপ্তম্—লাঙহল্লবা; বিমূঢ়ম্—পঙথহল্লবা; মন—পুরুং, আত্মন—কনাগুম্বগী মচামক্কী; যচ্ছেৎ—চুমথোকদবনি; ধারণয়া—(বিষ্ণুবু) খন্দুনা; ধীরঃ—পুক্ তপ্পা মী; হন্তি—হাৎলি; যা—মখোয়ত্থু, তৎকৃতম্—মখোয়না তৌবা; মলম্—অমোৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত গুণ রজঃনা ঐখোয়গী পুক্নীংবু লাঙহল্লি অত্থুগা প্রাকৃত গুণ তমঃনা পুক্নীংবু ককথাওনহল্লি। বিষ্ণুগা মরী লৈনরবদি রজঃ তম গুণনা থোকহনবা বাখলশিংবু চুমথোকপা য়াই, অত্থুনা মখোয়না থোক-হনবা অমোৎপবুসু মাংহল্লি।

নৈনরোল

রজঃ অমসুং তম গুণ অনীসিনা প্ররবা মীশিংদি মহৌশানা ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবা য়ানবগী থাক্তা লৈবা শুদ্ধ সাধক ওইবা ঙমদে। সত্ত্ব গুণনা পুবা মীতাশিংতনা পরতত্ত্ব কন্নিনো হায়বত্থু খঙবা ঙম্মী। রজঃগা তমঃগা অনী ফল উৎপদি লম্বুম অমসুং মুপীবু কাহেন্না পামশনবতনা ওইহল্লি। লম্বুম অমসুং মুপীবু হকচিন্না পাম্বা মীতাশিংনা নির্ব্বিশেষ অংশদা শ্রীবিষ্ণুবু তত্তনা নীঙশীঙবতনা মখোয়গী পুকচেন্দু চুমথোকপা ঙমগনি। নির্ব্বিশেষবাদীশিং হায়বদি অদ্বৈতবাদীশিং অয়াম্ববু রজঃগা তমঃগা গুণ অনীনা হোইত্থুনা পুই। অসিগুম্বা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা মখোয় মত্থা মত্থাবু মুক্ত-আত্মানি হায়না খল্লি, তৌবদি মখোয়দি পরতত্ত্বগী দিব্য ওইবা বিশেষরূপ লৈ হায়বসি খঙদে। পরতত্ত্বগী বিশেষরূপ লৈ হায়বসি খঙদবা মরম্না মখোয়গী থম্মোইসু শুদ্ধ তশেংনা ওইদে। মপোক চাম্না চামগী মতুংদা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ভগ-

বান্দা চঙজরৈ হায়না ভগবদগীতাদা হায়রি। বিশেষ রূপকী ভগবান্‌বু উপলব্ধি তৌননবা অধিকার ফংনবগীদমক্তা নির্বিবশেষবাদী ওইবা অনৌবা সাধকশিংদা ভগবানগা অচৎ-চত্তা পোং পুন্নমক্তা লৈনবা সম্বন্ধতু (সর্বেশ্বরবাদতু) উপলব্ধি তৌননবগী তান্‌জা অমা পীনবি।

সর্বেশ্বর (লোইনমক ঈশ্বরনি হায়বা) বাদনা অরাংবা থাক্তা লৈবদদি পরতত্ত্ববু নির্বিবশেষ ওইনা লৌবা য়াদে হায়, অদুবু পরতত্ত্ববু প্রকৃতি রূপ অদুনি হায়না লৌহল্লি। প্রাকৃত শক্তিনা সৃষ্টি তৌবা পোং থুদিংমক সেবা তৌননবা হায়দুনা পরতত্ত্বগা মরী লৈনহল্লি। সেবাগী পুকচেনসি জীবশক্তিগী রুন্দোকপা য়াদবা শকল্লি। ভগবদ্ভক্ত অশেঙবনা সেবা তৌনীঙবগী পুকচেন্‌সি চেন্‌বা মরম্না পোং খুদিংবু পারমার্থিক ওইহন্‌বগী মরমতু খঙভি। অদুগুম্বা ভক্তিগী মতৌদদা চৎথরগা সর্বেশ্বরবাদপু মপুঙফাহনবা ঙমগনি।

শ্লোক ২১

**যস্যাং সন্ধার্য্যমাণায়াং যোগিনো ভক্তিলক্ষণঃ।**
**আশু সম্পদ্যতে যোগ আশ্রয়ং ভদ্রমীক্ষতঃ॥ ২১॥**

যস্যাম্ —অসুম্না নিয়ম-নাইবা নীঙশিংবনা; সন্ধার্য্যমাণায়াম্—চপ-লেপ্না হৈনথিবনা; যোগিনঃ—যোগীশিংনা; ভক্তিলক্ষণঃ—ভক্তিগী ওইবা; আশু—থু্না, সম্পদ্যতে—পাঙথোকই; যোগঃ—যোগ; আশ্রয়ম্ -বিষয়; ভদ্রম—অফবা, ঈক্ষতঃ—উদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিগী ওইবা মখন্দা (ধারণাদা) ধারণা তৌদুনা শাস্ত্রগদি ভগবান্‌বু ধারণাগী মতেঙনা উরিবা যোগীনা ভক্তিযোগবু থুনমক পাল্লকই।

নৈনরোল

যোগীশিংগী যোগ পাঙথোকপদি ভক্তিযোগগী মতেঙদনা ওই। সর্বেশ্বরবাদ হায়বদি মফম খুদিংমক্তা ভগবান্ লৈ হায়ববু খঙবসি ভক্তিযোগগী মাথকৈদা চঙশন্নবা পুক্লীং শেমগৎপা মখল অমনি। যোগীশিংগী অসিগুম্বা ভক্তিদা লৈশনবা পুকচেনসিনা মখোয়গী যোগবু মতোল লোম্না পাঙথোকপা ঙমহল্লি। ভক্তি-যোগগী শরুক য়াওগ্রগদি হায়রিবা থাকসিদা কাখৎপা য়াদে। সর্বেশ্বরবাদনা ওইহল্লকপা ভক্তিগী ইরাংদুদা ভক্তিযোগ ওইরকপদি আঃ মমৈদনি, অদু ওইববসু মদু নির্বিবশেষবাদীশিংগী অতোংবা অমনি। ভগবদগী-তানা হায়রি (১২/৫), মদুদি অব্যক্তদা লুপ্পা মীতাশিংনা (নির্বিবশেষবাদীশিংনা) আত্মা উপলব্ধি তৌবদি য়াম্না রাবগী মশক্লি, মরমদি নির্বিবশেষবাদীশিংসিনা মতম শাংনা হোৎনরবা মতুং বাইনংদা ভগবানগী রূপ অদু দর্শন তৌররুবসু মদু নাকোইননা চৎলগা ফংবনি।

শ্লোক ২২

**রাজোবাচ**

**যথা সন্ধার্য্যতে ব্রহ্মন্ ধারণা যত্র সম্মতা।**
**যাদৃশী বা হরেদাশু পুরুষস্য মনোমলম্ ॥২২॥**

রাজা উবাচ—নিংথৌনা হায়; যথা—অদুগুম্না; সন্ধার্য্যতে—লৌনৈ; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ, ধারণা—খনবা; যত্র—মফমদুদা; সম্মতা—শম্পৎনা; যাদৃশী—মদুগুম্বা; বা—নত্রগা, হায়বদি; হরেৎ--লৌথোক্লকই; আশু—থুনা; পুরুষস্য—মীদুগী; মনঃ—পুক্নীংগী; মলম্—অমোৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংলম্মী—হে ব্রাহ্মণ, করম্না মফম কৈদা পুক্নীং থিংজনগদগে হায়বছ অদুগা মীগী পুক্নীংদা লৈবা অমোৎপশিংদু মাঙহন্নবা করম্না মওংদা ধারণা তৌগদগে হায়বছ মরীক চুম্না হায়দুনা তাকপীয়ু।

### নৈনরোল

মায়া লাংদা থুরিবা মীগী থম্মোইনুংদা লৈরিবা অমোৎপশিংদুনা মহাক্কী অরা-অনা পুম্নমক পোকহল্লিবনি। মায়াবদ্ধ জীবনু সংসারগী মৈচাক ময়াম্না কোয়শল্লি, অদুবু সংসারগী কৈশুমশঙগুম্না পুন্সিদা লৈরিঙৈদা তুঙশল্লকপা থম্মোইনুংগী অমোৎপা ময়ামদুনা ওইহল্লকপা অরাবা ময়ামদু মহাক্না পঙবা মরমনা কোকহনবা ঙমদে। থাঙ্গৈশেংবদি মহাক অসে পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুং ইন্না সেবা তৌনবা লৈগদ্দবনি, অদুবু মথম্মোইদা অমোৎপা ময়াম লৈবা মরম্না মহাক্না ওইদবা বাসনা ময়ামদু থুংবা পাম্মী। বাসনাশিংদুনা মডোন্দা পুক্নীং শান্তি পীবগী মহুত্তা অনৌ অনৌবা সমস্যা থোকহল্লকই, অদুম তৌবনা মহাকপু পোকপা শিরণী চক্রদা পুন্দুনা থম্মী। কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগগী অমোৎপা পোৎশিংসে ভগবান্‌গা সঙ্গ তৌরবদদা কোকপা ঙমগনি। পরমেশ্বর ভগবান্‌দি সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবনিনা মাগী সঙ্গদু মাগী অচিন্ত্য (রাখন্না লাম্বা যংদবা) শক্তিশিংনা উপায় ওইরগা পীনবিরকপা য়াই। মতৌ অসুম ওইবনা অদ্বয়তত্ত্ব ভগবান্‌গী সাকাব রূপ অদুবু থাজবা ঙমদবা মীশিংদা ভগবানগী বিরাট রূপ হায়বদি অব্যক্ত বিশ্বরূপকা সঙ্গ তৌবগী তাঙ্গা অমা পীনবি। ভগবানগী বিবাট রূপ অসি ভগবান্‌গী লোই-থম্বা নাইদবা শক্তিশিংগী মরক্তা অমনি। শক্তিমানগা শক্তিগা অনীসি মান্নবা ওমতনিনা মাগী বিরাট রূপকী ধারণাদনসু বদ্ধজীবনু ভগবান্‌গা নাকোইননা সঙ্গ তৌবগী মতাঙদা তেঙবাঙভি, অদু তৌরগা অসুম অসুন জীবদুনা ভগবান্‌গা সাক্ষাৎ উনবগী থাক্তা কাখৎলি।

মহারাজ পরীক্ষিৎতি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ব্যক্ত রূপকা সাক্ষাৎ মরী হান্নানা লৈরম্লবনি। মতৌ অদুম ওইবনা মশাক্তি ভগবানগী বিরাট রূপ অদুদা মপুক্নীংদু করম্না মফমদা করম তৌনা থিংজনগদগে হায়না শুকদেবদা হংদ্রবসু য়ারম্মী। অদুবু ময়ামগী কান্নবা হায়দুনা মহাক্না রাফমসি মরীক চুম্না তাকপীয়ু হায়না শুকদেবদা হঙ্গৎলম্লিবনি। ময়াম হায়রিবসিদি ভগবান্‌বু সচ্চিদানন্দময় বিগ্রহনি হায়বা বিশেষ রূপ লৈবসি খন্দুনা লাম্বা ঙমজদবা মখোয়দুনি। ভক্ত নত্তবা মীতাশিংনা ভগবানগী বিশেষ রূপ লৈবসে লাম্বা ঙমদে। মখোয়না খঙবা রাৎপনা রাম নৎত্রগা কৃষ্ণগুম্বা ভগবান্‌গী চংচংবা শক্তম লৈ হায়বসি মখোয় শূকয়া য়ানীদে। মখোয়দি ভগবান্‌গী শক্তিগী মবমদা রাৎনা খঙভী। অপঙবা খঙদবা মীতাশিংনা ভগবান্‌বু মীচম অমদৌনা করেম্লে হায়বসি ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৯।১১)। অসিগুম্বা মীতাশিংদি ভগবান্‌গী অচিন্ত্য শক্তি লৈ হায়বসি খঙদে। মহাক্কী অচিন্ত্য শক্তিনা ভগবান্‌না মীওংবা সমাজগী নৎত্রগা মী নত্তবা জীব অতৈগী মরক্তা লৈরুবা য়াই, অদুবু লৈরুবা মতমদা মাগী ভগবান্ ওইবগী কীভম-দুদি শম্না অমকাওবা ময়েং তাদে। মরমসিনা ভগবান্‌গী নিত্য ওইবা বিগ্রহমূর্ত্তি লৈ হায়বসি লৌনীংদবা মীতাশিংগী কান্ননবগীদমক মহাবাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীগী মফমদা পুক্নীংবু করম্না ভগবান্‌দা হাপকদগে হায়না হংখিবনি, অদুগা গোস্বামীনা মাচা থায়না মখাদা হায়রিবসিগুম্না পাউথুমখি।

শ্লোক ২৩

শ্রীশুক উবাচ

**জিতাসনো জিতশ্বাসো জিতসঙ্গো জিতেন্দ্রিয়ঃ।**
**স্থূলে ভগবতো রূপে মনঃ সন্ধারয়েদ্ধিয়া ॥২৩॥**

**শ্রীশুকঃ উবাচ**—শুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী; জিত-আসনঃ—ফম্বগী খুবম শেম্লবা; জিত-শ্বাসঃ—হুংশাসোর হোনবদা নিয়ম নাইবা; জিত-সঙ্গঃ—খুত্থম চল্লবা মতীন্না; জিত-ইন্দ্রিয়ঃ—খুত্থম চল্লবা ইন্দ্রিয়শিং; স্থূলে—অপোৌবা, বিরাট; ভগবতঃ—ভগবান্গী; রূপে—শকক্তমদা; মনঃ—পুক্নীংবু; সন্ধারয়েৎ—থিংজল্লু; ধিয়া—বুদ্ধিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফম্বগী নিয়ম ঙাক্তুনা খুবম শেম্বা, যৌগিক প্রাণায়াম শাম্নথুনা হুংশাসোর খুত্থম চন্বা, পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্বা তৌগদবনি; অথুদগী বুদ্ধি শীজন্নথুনা ভগবান্গী স্থূল (অপোৌবা) রূপ অথুদা (বিরাট রূপতুদা) পুক্নীং থিংজনগদবনি।

নৈনরোল

মায়াবদ্ধ জীবগী মায়িক জগত্তা লুপ্লবা মপুক্নীংনা দেহবু আত্মানি খনবদগী মখা চখবা ঙমদে; মরমথুনা যোগ সাধনগী ধ্যান (আসনগী নিয়ম চৎপা অমদি হুংশাসোর শান্নবা অমসুং পরম ওইবা পোৎতুদা পুক্নীং থিংজনবা) অসি ঘোর সংসারীশিংগী শাজৎ শেম্নবগীদমক তৌগদবনি হায়। অসিগুম্বা সংসারীশিংনা মায়াদা লুপ্না মন অথুবু মায়া পকহন্দবা ঙমদ্রবদি পরমার্থগী চিন্তাদা লুপ্লদি ওইথোক্কে। মথু তৌননবা হায়রগদি পুক্নীংবু ভগবান্গী স্থূল রূপ অথুদা থিংজনবা তাবনি। ভগবান্গী বিরাট রূপ অথুগী শরুক ময়ামথু মখাদা লাক্লিবা শ্লোকশিংদা নৈনবি। সংসারীশিংনা খুত্থম চল্লবা নিয়ম ময়ামগী ফল ওইনা যৌগিক শক্তি চেন্নীংবনা খৌরাংঙি, অথুবু যৌগিক প্রাণায়ামনচিংবা তৌবগী অওইবা উদ্দেশ্যদি তুঙশন্দুনা লৈবক্নদা কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা), লোভ (মিহৌবা) অসিগুম্বা পুক্নীংগী অমোৎপা ময়ামথু কোক্নবা তৌবনি। যৌগিক সাধনগী সিদ্ধি উৎপনা যোগীবু চিংপ্রবদি মাগী সাধনথু অরেম্বা ওইরে, মরমদি সাধনগী মক ওইবা (মুখ্য) উদ্দেশ্যদি ভগবানবু ফংবনি। মবমথুনা মাগী মায়াদা লুপ্লিবা মন অথুবু রাখন তোঙানবা অমনা পুথুনা থম্লগা ভগবান্গী শক্তিবু উপলব্ধি তৌসন্নু হায়বগী পাউতাক সাধক অথুদা পীরিবনি। শক্তিশিংথু ভগবান্গী খুৎলাই ওইনা উৎলকপা ঙাক্তনি হায়না হেক খঙবগা মশানা অথুম পরমার্থগী মাযকৈদা খোঙথাঙ থাংজনত্তরক্নি, অথুদগীদি মথঙ মথঙ তৌথুনা মমৈদাঙ গবানবু মপুঙফানা উপলব্ধি তৌবা ঙমগনি।

শ্লোক ২৪

**বিশেষস্তস্য দেহোঽয়ং স্থবিষ্ঠশ্চ স্থবীয়সাম্।**
**যত্রেদং ব্যজ্যতে বিশ্বং ভূতং ভব্যং ভবচ্চ সৎ ॥ ২৪ ॥**

বিশেষঃ—শক্; তস্য—মহাক্কী; দেহ—হকচাঙ; অয়ম্—অসি; স্থবিষ্ঠশঃ—পৌরেল পৌবা; চ—অমসুং; স্থবীয়সাম্—অপোৌবা পোৎকী; যত্র—মফমথুদা; ইদম্—বিশ্ব অসি; ব্যজ্যতে—উই; বিশ্বম্—বিশ্বটাইবং; ভূতম—ওইপ্রবা; ভব্যম্—ওইরক্কদবা; ভবঃ—ওইরিবা; চ—অমসুং; সৎ—থোরকপা ফল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাবৃত জগৎকী বিরাট রূপ উৎলিবসি লোইনমক পরতত্ত্বগী দেহনি; মসিদা মতমগী (প্রাকৃত কালগী) ওইপ্রবা, ওইরক্কদবা অমসুং ওইরিবা পুম্নমক খঙবা ঙম্মী।

নৈনরোল

প্রাকৃত নংত্রগা প্রাকৃত নত্তবা পোৎ খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান্গী শক্তিগী শকউৎ ঙাক্তনি। ভগবদ্গীতানা হায়রি (১৩/১৩) মথুদি—সর্ব্ব শক্তিমান্ ভগবান্না মহাক্কী প্রাকৃত-নত্তবা মীৎ ময়াম, কোক ময়াম, অথুগা অতৈ অতৈ কায়াৎ ময়ামথু মফম পুম্বা শম্না থম্মী। মহাক্না মফম পুম্নমক্না উবা, নাকোঙনা

তাবা, শোকপা ঙম্মী অদুগা মশাবু উৎপা ঙম্মী, মরমদি মহাক শীঙনাইদবা আত্মা পুম্নমক্কী পরমাত্মা ওইনা মফম খুদিংদা লৈ; তৌবগীদি প্রাকৃত নত্তবা জগৎকী মনুঙদা মাগী ওইবা লম্মাই ধাম অমা লৈ। মরী লৈনবা জগৎসিস্থ ভগবান মহাক্কী শকউৎনি মরমদি মসি মহাক্কী দিব্য শক্তিগী শকফোঙ (প্রকাশ) অমনি। ভগবান্না মহাক্কী ধামদা লৈববস্থ মাগী শক্তিদি মফম খুদিংদা শন্দোকই, মদুদি মুমীৎনা (সূর্য্যদেবনা) মাগী মফমদা লৈবগা মঙান মৈশা অদু মফম খুদিংদা শন্দোকপগুম্বনি। মুমীৎকী মঙান অদু মুমীৎকা থেন্নদবা মরমনা মঙানবু মুমীৎকী শকফোঙনি (প্রকাশনি) হায়না লৌনৈ। বিষ্ণুপুরাণদা হায়রি (১।২২।৫২) মদুদি মৈনা মাগী মঙান অমসুং মৈশা মফম অমদগী শন্দোকপগুম্না পরমেশ্বর ভগবানস্থ মাগী শক্তি শীজন্নদুনা মফম খুদিংদা মশাবু শরা শন্না শন্দোকই। বিশ্বটাইবংগী শক অসি ভগবান্গী বিরাট রূপকী শক্কক অমতনি। বুদ্ধি ৱাৎপা মীতাশিংনা ভগবান দিব্য রূপ লৈ হায়বসি ৱাথন্না লাম্বা ঙমদে, অদুন্নদি ওইরগা আদিম জাতিগী মীশিংনা বজ্র তারকপবু, চীঙশাঙ অমবু অদুগা থোঙনাং বট পাম্বী অচৌববু উবদা ঙকপগুম্না অপঙবশিংনা ভগবানগী শক্তি মখল মথেল উবদা ঙকচৈ। আদিম জাতিশিংনা কৈ অমসুং শামবু মখোয়গী মপাঙ্গল হেন্না কনবগীদমক থাগৎলি। বেদ শাস্ত্রদা ভগবানগী মরমদা শংশংনা বর্ণনা লৈরবস্থ, ভগবান্না অবতার তৌদুনা মাগী থ্বাইগা মান্নদবা শক্তি উৎলবস্থ, অদুগা মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না থায়নগী মতমদা লৈরম্বা ব্যাসদেব, নারদ, অসিত অমদি দেবলগুম্বা লাইরিক-হৈবা ঋষিশংনা অমসুং ভগবদ্গীতাদা অর্জ্জুননা অদুগা আধুনিক যুগতা শঙ্কর, রামানুজ, মধ্বগুম্বা আচার্য্যশিংনা, অমসুং ভগবান শ্রীচৈতন্যনমক্কা য়ারবস্থ অসুরশিংনদি ভগবান্ লৈ হায়বসি য়াদে। অসুরশিংনা বেদশাস্ত্রদগী লৌথো- ক্রকপা সাক্ষ্য-প্রমাণ অমতা লৌদে অদুগা আচার্যশিংগী মরাস্থ লৌদে। মখোয়না পাম্বদি খুদক্তা মনীৎমক্কা উবদু পাম্মী। অদুনা মখোয়না ভগবানগী বিরাট রূপ অসিবুদি মনীৎনা উবা ফংজে, মসিনা মখোয়না শীঙনরকপগী পাউথুম ওইগদৌরিবনি; মখোয়না মখোয়দগী হেন্ন পাঙ্গল লৈবা কৈ, শাম্ন অমদি বজ্রগুম্ববু পূজা তৌবা হৈনবনিনা মখোয়না বিরাট রূপ-বু পূজা তৌবা য়াই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন-না হায়রক পদা অসুরশিংগীদমক্তা বিরাট রূপ উৎখিবম্বনি। ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তনা ভগবান্গী প্রাকৃত ওইবা রূপ অসিগুম্বসি য়েংবা হৈনদবাননা ভক্ত মাগীদি ভগবান্বু উননবগী থোইদোকপা মীৎ অমা লৈ। মবমসিনা ভগবাননা ভগবদ্গীতাগী তরামাথোইশুবা অধ্যায়দা য়াঙরিবা বিরাটরূপ অদু য়েংননবা অর্জ্জুনদা থোই- দোকপা মীৎ অমা পীখি। বিরাটরূপ অসি থোইদোকপা মরম তমা ওইনা উৎখিবদি অর্জ্জুনগীদমক উৎখিবা নত্তে, মী অমবুস্থ অমবুস্থ অবতারনি হায়না লৌগনবা অদুগা অদুম্না লৌরগা মী অতৈবু লম্বী শেরাম্না হোইগনবা বুদ্ধি ৱাৎপা মীতাশিংগীদমক উৎখিবনি। মসিনা তাকপদি গুণ লৈতবা অবতারশিংনা মশাবু অবতারনি হায়বরোইদি অবতারনি হায়বা খঙননবা বিরাটরূপ উৎলু হায়না ঐখোয়না মঙোন্দা হায়বা য়াই। ভগবান্না বিরাটরূপ উৎপসি মতম অমতদা নাস্তিকশিংগস্থ শীঙনবা অদুগা ভগবান্বু বিরাট রূপ ওইনা খনবা ঙম্নগা অসুম অসুম তৌদুনা থম্মোইন্নুংগী অমোৎপা বাসনাশিংদু তাম্থোকপা ঙমদুনা ভগবান্গী দিব্য রূপ অদুবু মমৈদা থুনা উবা ঙম্বগী অধিকারী ওইরকপা অদুগুম্বা অসুরশিংদা কৃপা পীননবগীদমক উৎপনি। মসি থোজাল হৈবা ভগবান্না নাস্তিকশিংদা অমসুং ঘোর সংসারীশিংদা তৌবিবা কৃপানি।

শ্লোক ২৫

**অণ্ডকোশে শরীরেঽস্মিন্ সপ্তাবরণসংযুতে।**
**বৈরাজঃ পুরুষো যোঽসৌ ভগবান্ ধারণাশ্রয়ঃ ॥ ২৫ ॥**

অণ্ডকোশে— ব্রহ্মাণ্ডবু য়োম্লিবা মকৃগী মনুংদা; শরীরে---হকচাঙনুঙদা; অস্মিন্— মসি; সপ্ত— তরেৎ; অবরণ —ময়োমঃ সংযুতে— য়োম্লম্বদা; বৈরাজঃ — বিরাট ওইবা অচৌবা; পুরুষঃ—ভগবান্গী মূর্ত্তি; যঃ — মদু; অসৌ— মহাক; ভগবান্ পরমেশ্বর ভগবান্; ধারণা— খনবা; আশ্রয়ঃ – পোৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা বিরাটদেহসি আবরণ (কুয়োম) তরেৎনা য়োম্লবনি। মসিগী মনুঙদা লৈবা জীবগী নিয়ন্তা (শীন্দোক শীনজীন্-তৌবা) ওইরিবা ভগবান্ বিরাট পুরুষত্তুমক ধারণা তৌননবা পোৎনি।

নৈনরোল

মতম অমতদা ভগবান্গী রূপ মখলময়ামগী লৈ; মখোয় লোইনমক মখোয়গী থোরকফম ওইবা ভগবদ্ রূপতুগা অমতনি। ভগবান্গী দিব্য ওইবা অমসুং নিত্য ওইবা মূল রূপ অদুদি অদ্বয়তত্ত্ব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি হায়না ভগবদ্গীতাদা প্রমাণ তৌখরে, অদুবু মাগী অচিন্ত্য ওইবা 'আত্মমায়া' (অন্তরঙ্গ শক্তি) অসিগী মতেঙনা মহাক্না মতম অমতদা মূর্ত্তি কয়ামক থোক্না উৎপা ঙম্মী, অদুগা মদুম উৎলিবৈদসু মহাক্কী পূর্ণ ওইবা শক্তিদু ময়েং তাদে। মহাক পূর্ণনি (মপুঙ ফাবনি), অদুগা শীঙনাইদবা মশীঙগী পূর্ণ রূপ মঙোন্দগী থোকখ্রবসু মহাক অদুম্মক পূর্ণ ওইদুনা লৈ, ময়েং শয়া অমফাওবা তাদে। অদুনি মাগী দিব্য হায়বদি অন্তরঙ্গ (মনুংগী ওইবা) মায়া হায়বা শক্তিদো। ভগবান্না মী অমদোনা ওইবা য়াই হায়বসি খন্বা ঙমদবা অপঙবা মী কাঙলুপ্পু থাজহন্নবা হায়দুনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বিরাট রূপ অদু উৎপগী রাদু শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী তরাহুমদোই শুবা অধ্যায়দা য়াওরিবদুনি; মদুম্না উৎপনা ভগবান্ মহাক-মক্তা মান্নবা অমদি মঙোন্দগী হেনবা অমা লৈত্রবা পরম পুরুষ অদু মহাক্তি হায়না দাবী তৌননবা মাগী শক্তি লৈ হায়বদু তাক্লিবনি। ঘোর সংসারীশিংনা মপূঙ ফানদি নৎত্রবসু সূর্য্যামণ্ডলমূক চাউবা গ্রহ নক্ষত্র ময়ামসিবু কোল্লিবা পাক চাউরবা শূন্য-আকাশ লৈ হায়বসি রাখন্না লাম্না ফংঙি। মখোয়না কোয়রোক কোয়বা মথক্কী প্রতিয়া অসিদমক উবা ঙম্মী, অদুগা ব্রহ্মাণ্ডসিনে অদুগা অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী মখোয় পূদিংমক মৈ, ঈশীং, প্রতিয়া, মহৎতত্ত্ব, অহঙ্কার, পৃথিবী, নুংশীৎ হায়বা আবরণ (কুয়োম) তরেৎনা কোয়শল্লগা নুংশীৎ হাল্লবা ফুটবোল অমমমগুম্না কারণ সমুদ্রদা তাউরি হায়বসিগী পাওদি করিমতা মখোয়না খঙদে। কারণ সমুদ্রসিদা ভগবান্না মহাবিষ্ণু ওইনা চেপ্লি। ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকসে ভগবানগী অংশগী অংশ ওইবা মহাবিষ্ণুগী সোব হোন্দোরকপদগী থোরকপনি, অদুদগী মহাবিষ্ণুনা সোর চাওনা হোনবদা ব্রহ্মা অমমম্না আধিষ্ঠান তৌরিবা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক মাঙঙী। মতৌ অসুম্না ভগবান্গী ইচ্ছা মতুং ইন্না প্রাকৃত জগৎ ময়ামসি সৃষ্টি অমসুং প্রলয় তৌই। অপঙবা সংসারী তমনা খন্থগদবদি করিসু লৈতবা জীব মচা অমনা ভগবান্গা মায়ৎক ঙম্বা প্রতিদ্বন্দ্বী ওইবা ঙমগনি হায়না শিগদোরবা মী অমগী মচৌন্দগী থোরকপা রাহৈনা মরম ওইদুনা তবং তবংনা সংসারী মানা করম্না হায়রিবনো হায়বসি খন্থগদবনি। বিরাটরূপ অসি ভগবান্না উৎপগী মরমদি অসিগুম্বা অপঙবা সংসারীশিংদা পারা তম্বীগে হায়বগীদমক্তি, মদুম তৌরবদি কনাগুম্বনা মহাক মশাবু অবতারনি হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণনা বিরাটরূপ উৎপগুম্না উৎপা ঙম্বদি মাবু থাইনা পর-মেশ্বর ভগবান্গী অবতার অমনি হায়বা য়ারে। সাংসারী অমনা মাগী স্বার্থদা তমসুং শুকদেবনা তাকপ-গুম্না ভগবান্গী বিরাটরূপ অসিদা পুক্নীং থিংজনবা য়াই, অদুবু মানা চেকশনগদবদি ভগবান্ কৃষ্ণগা মান্নবা অমনি হায়না মশাবু লোবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগুম্না থবক তৌবা ঙমদবা হায়বদি ব্রহ্মাণ্ডবু কোল্লিবা বিরাট রূপ উৎপা ঙমদবা অদুগা অবতার তৌশল্লবা মীতাশিংনা মাবু হোইবা ঙমদনবা চেকশনগদবনি।

শ্লোক ২৬

**পাতালমেতস্য হি পাদমূলং পঠন্তি পার্ষ্ণিপ্রপদে রসাতলম্।**
**মহাতলং বিশ্বসৃজোঽথ গুল্ফৌ তলাতলং বৈ পুরুষস্য জঙ্ঘে ॥২৬॥**

পাতালম্—পাতাল (ব্রহ্মাণ্ডগী মনীঙথংবদা লৈবা লোকময়াম); এতস্য—মসিগী (ভগবান্গী); পাদমূলম্—খুয়া; পঠন্তি—লৌই; পার্ষ্ণি—খুনীঙ; প্রপদে—খুদোল; রসাতলম্—রসাতল; মহাতলম্—মহাতল; বিশ্বসৃজঃ—বিশ্ব-শেম্বগী; অথ—অসুম্না; গুল্ফযৌ—খোঙগী খুজেং; তলাতলম্—তলাতল; বৈ—ওইবগুম্না; পুরুষস্য—ভগবান্গী; জঙ্ঘে—খোঙ (খুকউদগী খোঙপাক ফাওবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিরাট রূপসি খঙবা মীশিংনা পাতালনা বিরাট পুরুষগী খুয়ানি, মাগী খুনীঙগা খুদোলগনা রসাতল-নি, মাগী খোঙগী খুজেংনা মহাতল-নি, মখোঙনা (খুকউদগী খোঙপাক ফাওবনা) তলাতল-নি হায়না লৌয়ি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবানগী বিগ্রহ দেহগী মপান্দা লৈবা প্রাকৃত জগৎতু সৎ নত্তে হায়বদি ওইদবা অমনি। প্রাকৃত জগৎতা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক ভগবান্দা লৈবনি হায়না ভগবদগীতাদসু হায়রি, অদুবু সংসারীগী মীৎয়েংদা উরিবা পোৎ খুদিংমক ভগবান্নি হায়বদুদি নত্তে। ভগবানগী বিরাট রূপ লৈ হায়না খনব-সিনা পরমেশ্বর ভগবান্গী মরম খন্নবা তাঞ্জা অমা সংসারীশিংদা পী, অদুবু সংসারীদুনা খঙগদবদি মানা জগৎকী মপু ওইননবা পুকচেন্দা জগৎপু উরিবা মউত্নদ ঈশ্বরবু উবা কৌদে হায়বসিনি। প্রকৃতিগী লন-শিংবু মাগী ওইনবা লৌগে হায়না সংসারী অমনা খল্লিবা রাখন্দু ভগবানগী বহিরঙ্গ শক্তি মায়ানা খলহনবনি। মরমসিনা কনাগুম্বনা ভগবান্গী বিরাট রূপ শাগৎলগা ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা পাম্লবদি মহাক ভগবানবু সেবা তৌবগী পুকলেল চেন্নবা হোৎনগদবনি। সেবাগী পুকচেনসি পোক্তবদি বিরাট রূপকী কল্পনানা বিরাটরূপ উবা মীদুগী করিসু কান্নবা ফংলোই। দিব্য-দেহগী ভগবানদি মাগী রূপ শাগৎপা মতমদা প্রাকৃত জগৎকী শরুক অমা মহাক নত্তে। ফীভম পুম্নমক্তা ভগবানদি ভগবাননি পরতত্ত্বনি হায়বদু অদুম ওইদুনা লৈ, অদুনা মাবু প্রাকৃত গুণ অদুম্না শোকপা ঙমদে, মগমদি প্রাকৃত ওইবা পোৎলম খুদিংমক মোৎপা ঙাক্কি। ভগবাননা মতম পুম্বদা মাগী অন্তরঙ্গ শক্তি (যোগমায়া) শীজন্নরগা লৈবনি।

বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিবু মরোল তরামরি খোক্লা খায়দোকই। ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ, মহঃ, জনঃ তপঃ অমসুং সত্য হায়বা লোক তরেৎসি মথঙ মথঙ লৈবা মথক-থঙবা শরুক্কী ওইবা মরোল তরেৎনি। অদুদগী মখারোমদা মথঙ মথঙ ক্রমথরকপনা অতল, বিতল, সুতল, তলাতল, মহাতল, রসাতল, পাতাল হায়না খঙনবা মরোল তরেৎ অমনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা খারোমগী মতোল তোলেন্দগী হৌরি, মরমদি ভক্তিগী মায়কৈরোমদগী য়েংলবদি ভগবান্ বর্ণনা তৌবসি খোঙলোমদগী হৌগদবনি। শুকদেব গোস্বামীদি শকখঙনরবা ভগবদ্ভক্ত অমনি, অদুনা মানা চৎথবিবা বর্ণনা মসৌসি অচুম্বনি।

শ্লোক ২৭

**দ্বেজানুনী সুতলং বিশ্বমূর্তেরূরুদ্বয়ং বিতলং চাতলং চ।**
**মহীতলং তজ্জঘনং মহীপতে নভস্তলং নাভিসরো গৃণন্তি ॥২৭॥**

দ্বে—অনী; জানুনী খুকউ অনী; সুতলম্—সুতল; বিশ্বমূর্তেঃ—বিশ্বরূপকী; উরুদ্বয়ম্—ফৈগল অনী; বিতলম্—বিতল; চ অমসুং; অতলম্—অতল; চ—অমসুং; মহীতলম্—মহীতল; তৎ—মদুগী; জঘনম্—নীঙ; মহীপতে—ইনিংথৌ, নভস্তলম্—শূন্তিয়া; নাভিসরঃ—খোঙদোঙ অকুৎপা; গৃণন্তি—মখোয়না লৌই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**বিশ্বরূপকী খুকউ অনীদি সুতল-নি, ফৈবাল অনীনা বিতল অমসুং অতল-নি, নীঙজোন্না মহীতল-নি অহুগা খোঙদোঙগী অকুৎপনা শুল-তিঙানি।**

শ্লোক ২৮

**উরঃস্থলং জ্যোতিরনীকমস্য গ্রীবা মহর্বদনং বৈ জনোঽস্য।**
**তপো বরাটীং বিদুরাদিপুংসঃ সত্যং তু শীর্ষাণি সহস্রশীর্ষ্ণঃ॥২৮॥**

উরঃ—অরাঙবা; স্থলম্—মযম (থবাক); জ্যোতিঃ- অনীকম্—মঙালগী লোক (স্বর্গ); অস্য--মহাক্কী; গ্রীবা—ঙক; মহঃ—মহ; বদনম্—চীন; বৈ—চপচানা; জনঃ—জন; অস্য—মহাক্কী; তপঃ—তপ; বরাটীম্—লাইবক; বিদুঃ—খঙনৈ; আদি—অহান্বা; পুংসঃ —পুরুষ; সত্যম্—সত্য; তু—অদুবু; শীর্ষাণি—কোক; সহস্র—লীশীঙ অমা; শীর্ষ্ণঃ-- কোক-পানবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আদি পুরুষ মহাক্কী থবাক্না অঙানবা লোকশিংনি, মগাক্কী ঙক্না মহ-নি, মচীন্না জন-নি; অদুগা মরায়বক্না তপ-নি। খ্বাইগী মতোল অরাঙবা লোক সত্যলোক হায়বদুবা কোক লীশীঙ লোঙবা মগাক্কী মকোক্নি।

নৈনরোল

নুমীৎ (সূর্য্য) অদুগা থা (চন্দ্র) গুপা মঙাল লৈবা লোকশিংসি ব্রহ্মাণ্ডগী ময়ায়দা লৈ, অদুনা মখোযদু আদি পুরুষ ভগবান্গী বিরাট রূপকী থবাক্নি হায়না খঙনৈ। মঙালগী লোকসিংগী মথক্তা অধিষ্ঠাত্রীদেবতা ওইরিবা লাইয়ামগী মফম স্বর্গ হায়বদুনা মহ, জন অমসুং তপ হায়বদুনি, খ্বাইগী মথক মতোন্দা সত্যলোক কৌবদু অদুদা প্রাকৃত গুণগী অধিষ্ঠাতা ওইবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব লৈ। মসিদা পল্লিবা বিষ্ণুসি ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু হায়বদুনি; মহাক্না জীব খুদিংদা পরমাত্মা ওইনা লৈ। কারণ সমুদ্রদা তাউহনা শীঙলকঙমদবা মশাঙগী ব্রহ্মাণ্ড ময়াম লৈ। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা ভগবান্গী বিরাটরূপতু মাগী প্রতিমূর্ত্তি শারিবা নুমীৎ (সূর্য্য) অমসুং থা (চন্দ্র) ময়াম, স্বর্গগী লাইয়াম ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবশিংগা লোয়ননা লৈ। বিশ্ব জগৎ পুম্নমক্সি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশ অমথক্তংদা লৈরিবনি হায়না শ্রীমদ্ভগবদগীতানা হায়রি (১০।৪২)।

শ্লোক ২৯

**ইন্দ্রাদয়ো বাহব আহুরুস্রাঃ কর্ণৌ দিশঃ শ্রোত্রমমুষ্য শব্দঃ।**
**নাসত্যদস্রৌ পরমস্য নাসে ঘ্রাণোঽস্য গন্ধো মুখমগ্নিরিদ্ধঃ॥২৯॥**

ইন্দ্র-আদয়ঃ—স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম; বাহবঃ—পাম্বোমশিং; আহুঃ—কৌয়ি ;উস্রাঃ—লাইয়াম; কর্ণৌ—নাকোঙশিং; দিশঃ---মায়কৈ মরি, শ্রোত্রম্—নাকোঙনা তাবগী জ্ঞান; অমুষ্য—মহাক্কী (ভগবান্গী); শব্দ—খোন; নাসত্য-দস্রৌ—অশ্বিনীকুমার কৌবা দেবতা অনী; পরমস্য —ভগবান্গী; নাসে—নাখুন; ঘ্রাণঃ— মনম্-লৌবা; অস্য—মহাক্কী; গন্ধঃ— মনম; মুখম্ - চীন; অগ্নিঃ—মৈ; ইদ্ধঃ—অচাকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**মহাক্কী (ভগবান্গী) পাম্বোমশিংনা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্নি; মায়কৈ তরানা মাগী নাকোঙনি; শব্দনা (খোন্না) মহাক্কী নাকোঙনা তাননবা বিষয়নি। মহাক্কী নাতোন নাখুন্না অশ্বিনীকুমার অনীনি, অদুগা প্রাকৃতকী মনম মুংশিবনা মাগী মনম লৌবগী ইন্দ্রিয়নি। মাগী চীন্না চাক্লিবা মৈনি।**

### নৈনরোল

ভগবদগীতাগী তরামাথোইশুবা অধ্যায়দা তৌরিবা পরমেশ্বর ভগবান্গী বিরাটরূপকী বর্ণনাহু শ্রীমদ্ভাগবতম্দা অমূক হেন্না বর্ণনা তৌরি। ভগবদগীতাদা পীরিবা বর্ণনাদি মথাগীসিনি (১০।৩০)—"হে বিষ্ণু, নঙগী মৈহৌবা য়াম্নুংশিংদা মী পুম্নমকপু য়োৎপন্থ অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুম্ববু চাংদম্নঙাই-লৈত্রবা নঙাম্না কুপ্পুনা লংহল্লিবহু ঐনা উরি। জগৎ পুম্নমকপু চাকথেক্কুনা নহাক্না নশক উৎলি।" অদুন শ্রীমদ্ভাগবতম্সি ভগবদগীতা তম্নবা মতুংদা তম্নবা স্নাতকোত্তরশিংগী বিদ্যানি। লাইরীক অনীসি অদ্বয়তত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণবু খঙনবা বিদ্যানি, মরমদুনা মখোয় অনীসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ।

বিরাটপুরুষ হায়বদি ভগবান্গী বিরাট্রূপ অসিনা অধিষ্ঠাতৃদেবতা পুম্নমকপু অমসুং দেবতাশিংনা অধিষ্ঠান তৌরিবা জীব পুম্নমকপু কোল্লবনি। জীবগী কুপ্লেল-কুপ্পা শরুক ফাঙবা ভগবান্গী শক্তি-ফংবা লাইশিংনা য়েংশল্লিবনি। ভগবানগী বিরাটরূপ অদুদা দেবতা পুম্নমক য়াওরবনিনা ভগবান্বু মাগী প্রাকৃত বিরাটরূপ ওইনা নত্রগা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ শ্রীকৃষ্ণ ওইনা পূজা তৌবদি দেবতা পুম্নমকপু অমসুং অতৈ অংশ-কলা পুম্নমকপুসু পেলহল্লী, মদুদি উপাম্বী অমগী মকদা ঈশীং চাইরগা পাম্বীদুগী শরুক অতৈ পুম্বদা শক্তি য়েন্থোকপগুম্বগী রানি। মরমসিনা সংসারী অমগী ফাওবা ভগবান্গী বিরাটরূপ লাৎপনা অংহইবা লম্বেন তাম্না চৎপা য়াই। অপাম্বা মথল মখা ফংনবগীদমক দেবতা ময়াম খুরুমগদবা নত্তে হায়বদি ঐখোযনা খঙবা চুম্মী। সত্যতত্ত্বদি স্বয়ং ভগবান্তনি, অতৈদি অশাবা ভাক্তনি, মবমদি মঙোন্দা লোইনমক য়াওরবনি।

### শ্লোক ৩০

**দ্যৌরক্ষিণী চক্ষুরভূৎপতঙ্গঃ পক্ষ্মাণি বিষ্ণোরহনী উভে চ।**
**তদ্ভ্রূবিজৃম্ভঃ পরমেষ্ঠিধিষ্ণ্যমাপোঽস্য তালু রস এব জিহ্বা ॥৩০॥**

দ্যৌঃ—শূন্তিঙাং; অক্ষিণী—মীৎখুন; চক্ষুঃ—মীৎনী; অভূৎ—ওইবম্মী; পতঙ্গঃ—নুমীৎ (সূর্য্য); পক্ষ্মাণি মীৎথক; বিষ্ণোঃ পরমেশ্বর ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী; অহনী—অহীঙ নুংথিল; উভে অনী, চ—অমসুং; তৎ—মহাক্কী; ভ্রূ—পীশূম; বিজৃম্ভঃ—শূকপা; পরমেষ্ঠি—জীব মকোক (ব্রহ্মা); ধিষ্ণ্যম—মযম; আপঃ—ঈশীং লাকপা, বরুণ; তালু—ডোং; রস—মহী; এব—অওইবা; জিহ্বা—লৈযেং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহাঙবা অতিয়ানা ভগবানগী মীংকী মথুন্নি; নুমীৎনা (সূর্য্যনা) মীৎনি। মীৎথক্না অহিং-নুংথিল অনীনি। পীশূম শকযমদা ব্রহ্মা লৈ। ঈশীংদা বরুণ লৈ অদুগা রস পুম্নমক মাগী লৈয়েংনি।

### নৈনরোল

ঐখোয় খ্বায়না খঙনবগী হায়রগদি (সাধারণ জ্ঞান কাগুগী বা হায়রগদি) শ্লোকসিদা হায়রিবা বাক্সি য়েংননঙাই রাযম অমা ওইনা তৌযি, মরমদি মযম অমদনা নুমীৎপু (সূর্য্যবু) অমুক মীৎ ওইনা অদুগা অমুক্না অতিয়া ওইনা শীজন্নরি। অদুবু শাস্ত্রগী রাদদি সাধারণ জ্ঞানকাঙগী রা চঙদে। ঐখোয়দি শাস্ত্রনা হায়বদুতা লৌগদবনি অদুগা বিরাট রূপ অদুগী রানা সাধারণ জ্ঞানদগী হেন্না পূক্নীং চঙগদবনি। সাধারণ জ্ঞান হায়বসিদি পূঙচুম চুম্বা নত্তে; অদুগা শাস্ত্রগী রাদি মতম পুম্বা পূঙচুন চুম্মী অশোয়-অঙাম য়াঙদবনি। শাস্ত্রগা ঐখোয়গী জ্ঞানগা মাম্নরমদ্রবদি ঐখোয়গী জ্ঞান মপূঙ ফাদবদগীনি শাস্ত্রগী দোষ নত্তে। মসুম্না বৈদিক জ্ঞানগী রা লৌবা তাই।

শ্লোক ৩১

**ছন্দাংস্যনন্তস্য শিরো গৃণন্তি দংষ্ট্রা যমঃ স্নেহকলা দ্বিজানি।**
**হাসো জনোন্মাদকরী চ মায়া দুরন্তসর্গো যদপাঙ্গমোক্ষঃ ॥৩১॥**

ছন্দাংসি —বেদমন্ত্রশিং; অনন্তস্য—ঙমখৈ নাইদবা মহাক্কী; শিরঃ—কোক্লি; গৃণন্তি—মখোয়না হায়; দংষ্ট্রাঃ—য়া হৌফম; যমঃ—পাপীশিংবু য়েংশনবা যমরাজ; স্নেহকলাঃ—নুংশিবা মচেৎশিং; দ্বিজানি —ম্না পরেং; হাসঃ—নোকপা; জন-উন্মাদকরী --মিহৌহন্নঙাই; চ —অমসুং; মায়া—মায়া; দুরন্ত—লাম্হোক্-বাবা; সর্গঃ—সংসার; যৎ-অপাঙ্গ—মাগী মীৎচি, মোক্ষঃ—যেংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়না হায —বেদশিংনা ঙমখৈ নাইদবা বিরাট পুরুষগী মকোক্লি (হায়বদি ব্রহ্মরন্ধ্রনি) অদুগা মাগী য়ারি শরূনা যমবাজনি, মচানুপানচিংবা নুংশিবগী মচেৎ-মচেৎনা যা পরেংনি; মানা নোকপনা মায়ানি। লাম্হোক্ বাবা সংসার সমুদ্রনা মাগী মীৎচিনা য়েংবা মীৎযেংনি।

নৈনবোল

বেদনা হাযবা মতুং ইন্না সংসাব থোবকপসি ভগবান্না প্রকৃতিদা মীৎচিনা য়েংবদগীনি। প্রকৃতিবু শ্লোকসিদা খ্বাইদগী হেন্না মিহৌহনবা ঙম্বা মায়ানি হাযরি। প্রাকৃত মাযানা শুমহৎলবা অফা-অপুন্নবা জীবশিংনা খঙজনগদবদি মতম খবদগী ওইবা সংসাবসে অওইবগী মতৌ তম্বনি হায়বসিনি, অদুগা ভগবানগী অসিগুম্বা শুমহৎনডাই মীৎযেংনা শুমহৎলবা মীশিংবু পাপীবু লাক্করিবা যমগী মথাদা থম্মী হায়বসিসু খঙজনবা চুম্মী। ভগবান্না যা-পবে উংলগা নুংশিনা নোকয়ি। ভগবানগী মরমদা হায়বিবা তত্ত্বশিংসে খঙবা জ্ঞান তাবা মীশিংনা ভগবানদা মপুঙ ফানা কখোকচববা মী অমা ওইরকযি।

শ্লোক ৩২

**ব্রীড়োত্তরৌষ্ঠেঽধর এব লোভো ধর্ম্মঃ স্তনোঽধর্ম্মপথোঽস্য পৃষ্ঠম্।**
**কস্তস্য মেঢ্রং বৃষণৌ চ মিত্রৌ কুক্ষিঃ সমুদ্রা গিরয়োঽস্থিসঙ্ঘাঃ ॥৩২॥**

ব্রীডা—ইকায়থীবা, উত্তর—থক্কী; ওষ্ঠ -চীনবান; অধরঃ—খাথংবা চীনবান; এব —লেপ্পমক; লোভঃ —মিহৌবা; ধর্ম্মঃ—ধর্ম্ম, স্তনঃ—থোম, অধর্ম্ম—ধর্ম্ম-নত্তবা; পথঃ—লম্বী, অস্য—মাগী, পৃষ্ঠম্—নঙ্গল, কঃ - ব্রহ্মা; তস্য —মহাক্কী; মেঢ্রম্—লিঙ্গ (অথীফম্); বৃষণৌ – অণ্ডকোষ অনী (আলু মতুম অনী) মিত্রৌ—মিত্রগা বরুণগা অনী, কুক্ষিঃ —খ্বাঙ; সমুদ্রাঃ--সমুদ্রশিং; গিরযঃ—চীঙ মযাম, অস্থি—শক্ল; সঙ্ঘাঃ মপৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইকায়থীবা হাযবদুনা মহাক্কা থক্কী চীন্বান্নি, মীহৌবা হায়বদুনা মাগী খাথংবা চীন্বান্নি, ধর্ম্মনা মাগী থোম্নাং তুঙযম্নি, ধর্ম্ম নত্তবা লম্বীনা মাগী নঙ্গন্নি। প্রাকৃত জগৎ জীব পুম্বা শেম্লিবা ব্রহ্মানা মাগী অথীফম্নি (উপস্থনি); মিত্রগা বরুণগা অনীনা মাগী অণ্ডকোষ অনীনি (মুসুগী আলু অনীনি)। সমুদ্রনা মাগী খ্বাঙনি অদুগা চীঙশিংনা মাগী শক্ল মপৈ মপৈনি।

নৈনবোল

খঙবা ঙাংনা ঙাখন-খন্বা মীশিংনা পবমেশ্বব ভগবান্বু শক্লাইদবনি হাযনা শেরাম্না খনবগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান্দি শক্লাইদবা (নির্ব্বিশেষ) নত্তে। মহাক পরম পুরুষনি হায়বসি বৈদিক সাহিত্যনা হায়মাঙানি। অদুন্নদি ওইরগা মাগী শক্লাইবা হায়বসি ঐখোয়না খন্বগদি য়াম্না থেম্নে। নৈনবিবা শ্লোকসিদা হায়রি—ব্রহ্মানা মাগী অঙাঙ পোক্নবা শৃংখলাইনি অদুগা মিত্রগা বরুণগা অনীনা অথীফমগী আলু মতুম

অনীহুনি। মসিনা তাকপদি মহাক্কী মূর্ত্তিহুদা কায়াৎ শুনা পাল্লী হায়বা ৱানি। অদুবু মাগী কায়াৎশিংদি তোঙান-তোঙানবা শক্তিগী তোঙান-তোঙান্‌বা জাত্তাগীনি মরমদি ভগবান্‌বু নির্বিবশেষনি হায়বা কালদা ঐখোয়না খঙগদবদি মাগী ৰূপ অদু ঐখোয়গী শোয়নাইবা ৱাখল্লা ফংবা ৰূপ জাত্তাত্মক নত্তে হায়বসিনি। অদুম ওইনমক চীঙশাং অমদি সমুদ্র অমদি আকাশবু উরগা মখোয়সে বিরাটপুরুষ ভগবান্‌গী অংশ-কলা ওইনা লৌৱগা ভগবান্‌বু পূজা তৌবনি হায়না মখোয়সিবু পূজা তৌবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা উৎখিবা বিরাটরূপ অদু নাস্তিকশিংগা শীঙনরগুম্বনি।

শ্লোক ৩৩

**নদ্যোঽস্য নাড্যোঽথ তনূরুহাণি মহীরুহা বিশ্বতনোর্নৃপেন্দ্র।**
**অনন্তবীর্য্যঃ শ্বসিতং মাতরিশ্বা গতির্বয়ঃ কর্ম্ম গুণপ্রবাহঃ ॥৩৩॥**

নদ্যঃ—তুরেন্‌শিং; অস্য—মহাক্কী, নাড্যঃ—শিংলীশিং; অথ—অদুগা; তনূ-রুহাণি- হকচাঙগী তুথ-য়াম; মহীরুহাঃ—উ পাম্বীশিং; বিশ্বতনোঃ—বিশ্বরূপবী: নৃপেন্দ্র—ইনীংথৌ; অনন্তবীর্য্যঃ—সক শক্তি-মান্; শ্বসিতম্ —নুংশাসোর হোন্‌বা; মাতরিশ্বা —নুংশীৎ; গতিঃ— চৎপা; বয়ঃ—মতম; কর্ম্ম – থবক; গুণ-প্রবাহঃ – প্রাকৃত গুণগী ঈচেন (থৱাই পান্‌বগী সংসার)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ; তুরেনশিংনা বিরাট পুরুষগী শিংলীনি, উ-ৱাশিংনা মহাক্কী হকচাঙগী তুনি, অদুগা শক্তি-পুংনা তিল্লবা নুংশীৎনা মাগী নুংশাসোবনি। মতম্না (যুগশিংনা) মাগী খোঙথাংনি, অদুগা মাগী থবক্না প্রাকৃতগুণশিংগী ওইবা সংসারনি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি লেঙ-খোত্তবা নুঙদুম অমা নত্তে অদুগা মহাক থবক তৌদবসু নত্তে, কাওবু খবতনা মাবু থৱাই-পান্দবা নুঙগুম খনবনি। মহাক মতমগী খোঙলোয় ওইনা চৎলী, মরমদুনা মহাক্না হৌখিবা, ওই-রক্কদবা পুম্নমক অমসুং হৌডিক হৌডিক তৌরিবা মাগী থবক্না লোয়ননা মহাক খঙডি। মহাক্না খঙ-উ বা করিমতা লৈতে। মহাক্কী থবক ওইরিবা প্রাকৃতগুণ অহমগী ঈচেম্না মায়াবদ্ধ জীবশিংবু হোইদুনা পুরগা চৎলি। ভগবদ্গীতাদা হায়রিবদুনি (৭।১২) প্রাকৃত গুণশিংসে ভগবান্‌গী ময়াথঙ মখা পোনবান, মরম দুনা প্রকৃতিগী থবক পুম্নমক অদুম মথন্তা ওইবনি হায়বা য়াদে। থবকশিংদুবু থোকহল্লিবা শক্তিদু ভগ-বান্‌গী মীংয়েংনি, অদুনা ভগবান্দি থবক তৌঙমদে হায়না খরনা খল্লিবদু অরান্‌বনি। বেদনা হায়রি— ভগবান্দি মশামক্না থবক অমতা তৌদে, মসি- মকোক-থোংবশিংগী হৌনবীনি। অদুবু থবক থুদিংমক ময়াথঙ মতুঙ ইনবনি। ময়াথঙ নংনা নাপী মকা অমফাওবা লেঙবা ঙমদে হায়রিবদুনি। ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি (৫।৪৮)—বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অমসুং মখোয়বু শেম্বা ব্রহ্মা পুম্নমক ভগবান্‌গী সোরহোন্ অমুত্তা চঙবা মতমতুফাওবা হিংবনি। ৱাযমসি নৈনরিবা শ্লোকসিনসু হায়রি। ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈরিবা লোক পুম্নমক্কী তাউাম ওইরিবা নুংশীৎতু কনামতনা নত্তে হায়বা ঙমদ্রবা বিরাট পুরুষগী সোরহোন্ মংক অমতনি। মরমদুনা তুরেন, উ-পাম্বী, নুংশীৎ, চৎলিবা মতম হায়রবদি যুগশিংগী মরম নৈনরগা ভগবানগী সবিশেষ ৰূপ অদু করিনো হায়বা ঐখোয়না খনবা ঙমগনি, অদু ওইরবদি ভগবান্‌বু নিরাকারনি (শরুহৈদবনি) হায়বদু চুম্মী হায়গোয়। পরতত্ত্ব ভগবান্‌বু নিরাকারনি হায়বা মীতাশিংনা ভগবান্‌বু সাকারনি হায়বা মীতাশিংদগী হেন্না ৱাবা হেল্লি হায়বসে ভগবদ্গীতানা হায়রি (১২।৫)।

শ্লোক ৩৪

**ঈশস্য কেশান্ বিদুরম্বুবাহান্ বাসস্তু সন্ধ্যাং কুরুবর্য্য ভূম্নঃ।**
**অব্যক্তমাহুর্হৃদয়ং মনশ্চ স চন্দ্রমাঃ সর্ব্ববিকারকোশঃ ॥৩৪॥**

ঈশস্য—ঈশ্বরগী; কেশান্—কোক্কী শম্লাং; বিদুঃ—ঐভোন্দগী নগু খণ্ডণ্ড; অম্বুবাহান্—ঈশীং-পুবা নোং; বাসঃ-তু—ফীজোন্; সন্ধ্যাম্—য়াচণ্ডবা; কুরুবর্য্য—হে কুরু অথোইবা; ভূম্নঃ—ভগবান্গী; অব্যক্তম—প্রাকৃত সৃষ্টিগী প্রধান কারণ; আহুঃ—হায়নৈ; হৃদয়ম্—বুদ্ধি; মনঃ চ—অমসুং মন; সঃ—মহাক; চন্দ্রমাঃ—থাজ; সর্ব্ব-বিকার কোশঃ—অহোংবা পুম্বগী তুণ্ডফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কুরু অথোইবা, ঈশীং-পুবা নোংনা বিরাটপুরুষগী শম্লাংনি, মুংথিল লোইবা মতাণ্ড অমসুং অহিং লোইবা মতাণ্ডনা মহাক্কী ফীজোলনি; প্রাকৃত সৃষ্টি প্রধান কারণ্ণা মাগী বুদ্ধিনি। মাগী পুক্কীংনা (মন হায়বদুনা) অহোংবা (বিকার) পুম্নমক্কী তুণ্ডফম ওইবা নোংদোন থাজনি।

শ্লোক ৩৫

**বিজ্ঞানশক্তিং মহীমামনন্তি সর্ব্বাত্মনোঽন্তঃকরণং গিরিত্রম্।**
**অশ্বাশ্বতর্যুষ্ট্রগজা নখানি সর্ব্বে মৃগাঃ পশবঃ শ্রোণিদেশে ॥৩৫॥**

বিজ্ঞান-শক্তিম্—হকথেঙননা খণ্ডবা; মহীম্ মহত্তত্ত্ব, আমনন্তি—ওই হায়না লৌই, সর্ব্ব-আত্মনঃ—মযম খুদিংমক্তা লৈবা (সর্ব্বব্যাপী), অন্তঃ করণম্—অহঙ্কার (নাপল); গিরিত্রম্—রুদ্র (শিব); অশ্ব—শগোল; অশ্বতরি—খচর; উষ্ট্র—উট; গজঃ শামু; নখানি—খুজিন ময়াম; সর্ব্বে—অতৈ পুম্বা; মৃগাঃ—শজি, পশবঃ—খোঙ-মরি-পান্বা শাশিং; শ্রোণিদেশে—খাঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহত্তত্ত্বনা সর্ব্বব্যাপী ভগবান্গী বিজ্ঞান শক্তিনি হায়না অখণ্ডবশিংনা হায়, অদুগা রুদ্রদেবনা মাগী অহঙ্কারনি। শগোল, খচর, উট অমসুং শামুনা মাগী খুজীন্নি, অদুগা লমশাশিং অমসুং খোঙ-মরি পানবা শাশিংনা মাগী খাঙদা লৈ।

শ্লোক ৩৬

**বয়াংসি তদ্ব্যাকরণং বিচিত্রং মনুর্মনীষা মনুজো নিবাসঃ।**
**গন্ধর্ববিদ্যাধরচারণাপ্সরঃ স্বরস্মৃতীরসুরানীকবীর্য্যঃ ॥৩৬॥**

বয়াংসি উচেকশিং; তৎ-ব্যাকরণম্—খুৎশা হৈবা (শিল্প নৈপুণ্য); বিচিত্রম্—মখল মথেলগী, মনুঃ—মীওইবগী মপা, মনীষা—ৱাখল; মনুজঃ—মীওইবশিং (মনুগী মচানুপাশিং); নিবাসঃ—লৈফম, গন্ধর্ব্ব—গন্ধর্ব্বশিং; বিদ্যাধর—বিদ্যাধরশিং; চারণ—চারণশিং; অপ্সরঃ—অপ্সরাশিং; স্বর—স্বুর; স্মৃতীঃ—নীঙশীংবা; অসুর-অনীক—হিংচাবা লাম্মীশিং; বীর্য্যঃ—থৌনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উচেক মখল ময়ামসিনা মাগী খুৎশা হৈবগী খুদম্নি। মীওইবা জাতিগী মপা মনুনা মহাক্কী ৱাখলগী খুদম্নি অদুগা মীওইবশিংনা মহাক্কী লৈফম্নি। স্বর্গদা লৈবা মীওইবা কাণ্ডবু হায়বদি গন্ধর্ব্ব, বিদ্যাধর, চারণ অমদি অপ্সরাশিংসে ঈশৈ-স্বুরগী খুদম্নি; হিংচাবা লাম্মীশিংনা মাগী পাঙ্গলগী খুদম্নি।

নৈনরোল

ৱাহোং, তেনবা কোকিলশিংগুম্বা মচুমরাঙগী উচেক মখল মখল শাবনা ভগবান্গী কজবা মশক খণ্ডবদু উৎলি। স্বর্গদা লৈবা মীওইবশিং হায়বদি গন্ধর্ব্ব, বিদ্যাধরশিংনা অঙকপা ফংনা ঈশৈ শকপা ভর্মী, অমসুং স্বর্গগী দেবতাশিংগী মপুক্কীং ফাওবা শুমহৎলী। মখোয়গী স্বুরনা ভগবান্গী ঈশৈ হৈবদু তাবই।

মরমসিনা মহাকপু করম্না নিরাকারনি হায়গদগে ? মহাক্না ঈশৈগী রস খঙবা, শিল্পকলাগী জ্ঞান লৈবা অদুগা লেঙদবা বুদ্ধি চেনবা ময়ামসিনা মহাক্কী বিশেষ রূপ লৈ হায়বগী খুদম মখল মখম্লি। মনুসংহিতা হায়বসি মীওইবা জাতিগীদমক চৎনরিবা বিধি-শাস্ত্রনি, সমাজ-জ্ঞানগী ওইবা লাইরীক অচৌবসিবু ইন্দুনা চৎনবা মী খুদিংমকপু হায়রিবনি। মীওইবা সমাজসি ভগবান্গী লৈনবা য়ুম্লি। মসি হায়বগী মরমদি মীওইবশিংনা ভগবানবু উপলব্ধি তৌগদবনি অমসুং ভাগবান্গা লোয়নননা লৈগদবনি। হন্দক্কী মীওই-মপোকসি বদ্ধজীবশিংনা কৃষ্ণ ভাবনাবু অমূক হন্না ফংহুনা পোকপগী তৌগদবা মথৌ পাঙথোক্লবগী তাঙ্গানি। হিংচাবশিংগী মরক্তা মহাবাজ প্রহ্লাদদি ভগবান্ প্রতিনিধি অশেঙবা অমনি। জীব অমতনা ভগবান্গী বিরাটপুরুষগী ৱা.মদা লৈবা য়াওদে। বিরাটপুরুষগী মবীদা তৌগদবা থবক মীপুম খুদিংগী লৈ। মীপুম খুদিংদা শিন্নবা থবক পাঙথোকপদা অকায়বা লাকপনা জীব অমগা অমগা মত তিন্নরক্তবগী মরম্লি। অদুবু ভগবান্গা মরী লৈননা জীব মশেলগী মরীদু লৈনহল্লবদি জীব পুম্নমক হায়বদি মীওইবা খঙদে লমদা লৈবা শা-শল খঙদে লোইনমক মত পূমতিন তিন্নগনি। জীব মরক্তা মত তিন্নবসি ভগবান চৈতন্য মহাপ্রভুনা মধ্যপ্রদেশগী জঙ্গলদা উৎখি; জঙ্গলসিদা লৈরম্বা কৈ, শামুনচিংবা শাথিরবা শা পুম্নমক্না ভগবান্গী জয়-গান তৌবদা অমতা ওইখি। মতুম্না তৌরগদা পৃথিবীদা শন্তি অমসুং মিত্রতা (মকপ ওইমিন্নবা) পুবকপা য়াগনি।

শ্লোক ৩৭

**ব্রহ্মাননং ক্ষত্রভুজো মহাত্মা বিড়ুরুরঙ্ঘ্রিশ্রিতকৃষ্ণবর্ণঃ।**
**নানাভিধাভীজ্যগণোপপন্নো দ্রব্যাত্মকঃ কর্ম্ম বিতানযোগঃ॥৩৭॥**

ব্রহ্ম—ব্রাহ্মণশিংনা; আননম্ - মায়; ক্ষত্র—ক্ষত্রিয়শিংনা; ভুজঃ—পম্বোম; মহাত্মা—বিরাটপুরুষ, বিট—বৈশ্যশিংনা, উরুঃ ফৈগাল; অঙ্ঘ্রি শ্রিত—মাগী খোঙদা লৈবা; কৃষ্ণবর্ণ শূদ্রশিং; নানা মখল মখা; অভিধা—মিংনা; অভীজ্যগণ দেবতাশিংনা; উপপন্ন—চংজনিবা; দ্রব্য আত্মক পোৎচৈগা লোয়নননা, কর্ম্ম থবক, বিতান যোগ—যজ্ঞ-তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণশিংনা বিরাটপুরুষগী মায়নি, ক্ষত্রিয়শিংনা মাগী পাম্বোম্লি, বৈশ্যশিংনা মাগী ফৈগাল্লি অদুগা শূদ্রশিংনা মাগী খোঙদা চঙজহুনা ঙাকশেল্লিবনি। ময়াম্না ঈড়াৎনরিবা দেবতাশিংসু মহাক্না কোল্লবনি, অদুনা ভগবান্ পেলহন্নবগীদমক অবৈবা পোৎলমগা লোয়নননা যজ্ঞ তৌগদবনি।

নৈনরোল

একেশ্বরবাদকী (ঈশ্বর অমখক্তনি হায়বগী) ৱাদু ময়মসিদা পৃথোবক্লি। তোঙান-তোঙানবা মিংগী লাইয়ামদা যজ্ঞ কৎপগী বা বেদদা পল্লি, অদুবু লাই মখল ময়ামদো পরমেশ্বর ভগবান্গী বিরাটরূপকী মগুঙদা য়াওবিবনি হায়বসি নৈনরিবা শ্লোকসিনা তাক্লি। লাইয়ামসি আদি বিরাটপুরুষগী মশা মরেং ভাক্তনি। মতৌ অদুগুম্না, মীওইবগী সমাজবু ব্রাহ্মণ (লাইরিক হৈবা কাঙবু), ক্ষত্রিয় (শাসন পায়বা কাঙবু), বৈশ্য (লল্লোন ইতিক-তৌবা কাঙবু) অমসুং শূদ্র (শিন্মী) হায়বা বর্ণ মরি থোক্না খায়ল্লিবসে মথোয় লোই-নমক পরমেশ্বরগী বিরাট রূপকী মনুং চনবনি। মরমদুননি মথোয় খুদিংমক্না পরমেশ্বর ভগবানবু পেন্নবা হায়দুনা ঙমজবা পোৎকা লোয়নননা যজ্ঞ কৎলু হায়রিবা। মহৌশানা যজ্ঞ তৌবদি থীগা চেঙ-থোইদিংগা লোইননা তৌনৈ। অদুবু মতমগী খোঙলোই মতুং ইন্না মীওইবশিংনা ভগবান্ অপরা প্রকৃতিনা পীবা মচাকুম্বা মখল মখাগী পোৎনো যাম্না থোকহল্লে। মরমদুনা মীওইবগী সমাজনা হৌজিক্তি থীতগা নত্তনা অতৈ পোৎথোক্কা লোয়নননা ভগবানগী নাম শন্দোকপগী যজ্ঞ তৌবা হৈনবা তম্বা তারে; মহুতনা মীওইবা

সমাজনা মপুঙ ফাবা সমাজ অমা ওইবা ঙমগনি। মমাঙঙৈগী আচার্যশিংগা তানরগা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ-শিংসিগী মরমদা তাকপীগনি, অদুগা শাসক ওইবা ক্ষত্রিয়শিংনা যজ্ঞ পাঙথোক্কবা থৌরাং তৌবিগদবনি; বৈশ্যশিংনা মখোয়না শাবা লল্লোনপোৎ অদুদগী শরুক কৎতুনা যজ্ঞ তৌহনগদবনি অদুগা শূদ্রশিংনা মশা পুথোক্নুনা যজ্ঞ মতোল লোম্নবা নোমগদবনি। মতৌ অসুম্না জাৎ খুদিংগী মীশিংনা ময়াম পুন্সন্নরগা জগৎকী য়াইফনবগীদমক আধুনিক যুগগী যজ্ঞ হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌবা য়াই।

শ্লোক ৩৮

**ইয়ানসাবীশ্বরবিগ্রহস্য যঃ সন্নিবেশঃ কথিতো ময়া তে।**
**সন্ধার্যতেঽস্মিন্ বপুষি স্থবিষ্ঠে মনঃ স্ববুদ্ধ্যা ন যতোঽস্তি কিঞ্চিৎ॥ ৩৮॥**

ইয়ান্—মখোয়সি; অসৌ—মদু; ঈশ্বর—পরমেশ্বর ভগবান্; বিগ্রহস্য—হকচাঙগী; যঃ—মদু; সন্নিবেশঃ—থম্বা মথম; কথিতঃ—তাক্লিবা; ময়া—ঐনা; তে—নঙোন্দা; সন্ধার্যতে—ধ্যান তৌই; অস্মিন্—অসিদা; বপুষি—বিরাট রূপ; স্থবিষ্ঠে—অচৌবা; মনঃ—পুক্নীং; স্ববুদ্ধ্যা—লন্নাই বুদ্ধিনা; ন—নত্তে; যতঃ—মাগী ৰাংমদা; অস্তি—লৈ; কিঞ্চিৎ—কবিমতা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্গী বিরাটরূপ অসিগী মরমদা ব্যাখ্যা তৌদুনা নঙোন্দা তাক্লে। অরাম-খুভম-পাম্বা মী খুদিংমক্তা থরাই য়াওনা মপুক্নীংদু ভগবান্গী রূপ অসিদা লুপশনগদবনি। মবমদি প্রাকৃত জগৎসিদা ভগবান্ মহাক নত্তনা অতৈ করিমতা লৈতে।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা (৯।১০) ভগবান্না শেংনমক ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লিবদি অপরা প্রকৃতিসি মহাক্কী য়াথং ইনবা মনাইনি হায়বসিনি। প্রকৃতিসি ভগবান্গী শক্তি ময়ামগী মরক্তা য়াওবা শক্তি অমনি অদুগা মহাক ভগবান্না তাকপদমক তৌই। ভগবান্দি পরমেশ্বরনি, প্রকৃতিদা মীৎয়েং তাই; অদুদগীদি জড় প্রকৃতিগী মথুম-মরাঙ হৌরকই, মদুগী যল ওইনা শক্লোন তরুক উৎলকই। প্রাকৃত সৃষ্টিনা চৎথবদি মতৌ অদুম্মনি, মতৌ অদুম তৌবনা অমুক সৃষ্টি অমুক প্রলয় মতম চানা চানা তৌই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী অচিন্ত্য শক্তি শীজন্নদুনা মী ওইনা অবতার তৌই (৯।১১); অদুবু মাগী অচিন্ত্য শক্তিগী মরমদু খল্লীংদবা বুদ্ধি-বাৎপা মীতা লৈ। ভগবান্না ঐখোয়গুম্বা অমগুম্না অবতার তৌবসে সংসার ঈয়ায়দা তারবা জীবশিংবু চানবিবসে মহাক্কী লন্নাই মরম অমগী নত্তে। মহাক্তি প্রকৃতিগী ৰাংমদা লৈবনি, মাগী শুদ্ধভক্তশিংবু ঙমখৈ লৈতনা চানবিবা মরম্না মহাক্তা অবতার তৌরগা মশাবু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না ফোঙদোক্লবনি। নিরীশ্বরবাদী দার্শনিকশিং অমদি প্রাকৃত বৈজ্ঞানিকশিংনা পারমাণবিক শক্তিগী অমসুং বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী বিরাট রূপকী ৰাখনদা কা হেনক্লা লুপ্নী, অমসুং মখোয়না আধ্যাত্মিক ওইবা বিষয়বুদি প্রাকৃত বস্তুবুনা হেন্না মান তৌই। ভগবান্গী দিব্যরূপ হায়বসিদি মায়াক কর্ম্মগী ৰাংমদা লৈবনি; ভগবান্বু মতম অমতদা ঙমখৈবা অমসুং পুঙথুং-খুংবা ওইনা উবসি খনবদা ৰাবা জাৎনি, মরমদি নিরীশ্বরবাদী দার্শনিক অমদি বৈজ্ঞানিক-শিংনা মশানা খঙ-উবা পোৎকী মরমদা খল্লী। মখোয়সিনা ভগবান্গী পুরুষরূপ লৈ হায়বসে লৌবা ঙমদবা মরম্না ভগবান্না মহাক্কী বিরাটরূপ অসি মখোয়বু চানবিবদগী উৎপনি। অদুনা মফমসিদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা ভগবান্গী রূপ অসি ময়েক লানা বর্ণনা তৌবনি। অদুগা মহাক্তা হায়রি, ভগবান্গী বিরাটরূপ-সিগী নত্তনা অতৈ করিমতা লৈতরে। প্রাকৃত রূপকী মরমদা খল্লিবা মীতাশিংগী মরক্তা কনামতনা বিরাট-রূপসি নত্তনা করিমতা খনবা ঙমদে। সংসারীশিংগী মপুক্নীংদি লেপ্পা ঙমদে অদুনা অমমুক খল অমমুক খন্দুনা লৈ। মরমহুনা ভগবান্গী বিরাটরূপসিগী শরুক অমবু খন্নবা মখোয়দা পাওমেল্লিবনি। মখোয়

মখোয়গী বুদ্ধি মতুং ইন্না প্রাকৃত জগৎতা উরিবা শক্লোন শক্লক অমা ওইনা ভগবান্‌বু ধারণা তৌনবা তাক্লিবনি; শক্লোনশিংদি—উমং, চীঙ, সমুদ্র, মী, শা, দেবতা, উচেক, শাহিং চাবা শা কৈনচিংবসিনি। প্রকৃতিগী পোৎতা খুদিংমক বিরাটরূপকী শক্লক অমমমনি, অদুনা চোইগনবা পূর্ক্লীংবু ভগবান্‌দদা লৈহনবা য়াগনি অমসুং ভগবান্ নত্তবা পোৎ অমা থল্লরোই। অসুম্না ভগবান্‌গী তোঙান-তোঙানবা শক্লক্তা পূর্ক্লীং থিংভনবা অসিনা লাই লৈতে হায়না অসুরশিংনা শীঙনরকপতু ময়েং তারক্কনি অদুগা ভগবান্‌গী মফমদা ভক্তি অসুম অসুম লৈখৎলক্কনি। পোৎ খুদিংমক মপুম অদুগী শক্লক ঙাক্তনিনা সাধক শোই-নৌশিংনা ঈশোপনিষদ্ কী ভগবান্‌দি মযম খুদিংদা লৈ হায়বা ৱাফমদু মরায়না উপলব্ধি তৌরক্কনি, অদুগা মতৌ অসুম উপলব্ধি তৌরবা তুংদা ভগবান্‌গী অঙ্গদা অপরাধ অমতা তৌদনবা মতৌদু হৈরক্কনি। অসুম্না ভগবানবুদা থল্লবা পূবচেল চেল্লকপনা ঈশ্বর লৈবগী ৱাযম্বু শীঙনগে হায়বগী নাপন্দু হুম্বরক্কনি। মতৌ অসুম্না ঐখোযনা পোৎ খুদিংমকপু মান তৌবা হৈগনি, মরমদি পোৎ পূম্নমক বিরাটরূপকী অংশ ঙাক্তনি।

শ্লোক ৩৯

**স সর্ব্বধীবৃত্ত্যনুভূতসর্ব্ব আত্ম যথা স্বপ্নজনেক্ষিতৈকঃ।**
**তং সত্যমানন্দনিধিং ভজেত নান্যত্র সজ্জেদ্ যত আত্মপাতঃ ॥৩৯॥**

সঃ— মহাক (পরমপুরুষ ভগবান্); সর্ব্বধীবৃত্তি— বুদ্ধি মখল পূম্নমক শীজন্নবগা উপলব্ধি তৌবা মতৌ; সর্ব্বে—মী পূম্নমক; আত্মা- পরমাত্মা; যথা—অদুথক; স্বপ্ন-জন --মঙ মঙলিবা মী; ঈক্ষিত উবা; এক অমথক্ত; তম্- মঙোন্দা; সত্যম্—অচুম্বা; আনন্দ-নিধিম্—নুংঙাইবগী তুঙফম্; ভজেত -ভজন তৌগদবনি, ন—নত্তে; অনাত্র - অতোপ্পদা, সজ্জেৎ -থিংজনগদবনি; যতঃ—মদুনা; আত্মপাতঃ -ইশাগী লৈখা তাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনা মমঙদা মশাগী শকউং লৌশী, লৌশাং উংপগুম্ ভগবান্‌সু মযম্তুনা শকউং মশীঙ নাইদবমৈথ উৎলি; অসিগুম্বা পবমেশ্বর ভগবান্দা পূর্ক্লীং পূঙলুপ লুপকদবনি। পরম সত্য ওইবা মঙোন্দদা পূর্ক্লীং থিংজ নফম্ থোকই; নত্রগদি ঐখোয় লম্বেন শেরান্নখিদুনা লৈখা তাগনি।

নৈনরোল

নৈনরিবা শ্লোকসিদা ভক্তিযোগগী সাধনগী ৱাফমদু শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা উৎলী। আত্মা উপলব্ধি তৌনবা লম্বী অতৈদা পূর্ক্লীং চঙলুবগী মতম্তা পরমেশ্বর ভগবান্তবু উপলব্ধি তৌনিংঙাই, ইড়াৎনঙাই অমদি ভক্তি তৌনঙাই ওইবা পোৎনি হায়দুনা মঙোন্তদা পূর্ক্লীং লুপহনগদবনি। আত্মা-উপলব্ধি হায়বসে নিত্যজীবন ফংননবগীদমক মাযালাংগী মথক্তা চঙবা লাম্জং অমনি; মরমদুনা বহিরঙ্গ প্রকৃতিগী মায়াগী মশক ওইবা কৃপানা যোগীনা অপাম্বা কযাগা মায়ওক্লে; অপাম্বশিংদুনা মহাযোগী ফাওববু সংসারগী লাংদা অমূক থুহল্লী। যোগী অমনা অনিমা লঘিমানচিংবা সিদ্ধি ফংবা য়াই; অনিমা সিদ্ধিনা মহাক কূপ্নেন-কূপ্পা পোৎ অমা ওইবা ঙম্মী, অদুগা লঘিনা সিদ্ধিনা মহাক য়াংলেন-য়াংবা পোৎ অমা ওইবা ঙমগনি; মসি হায়বগী অর্থদি সিদ্ধিশিংগী মপান্না লম্বুম অমদি হুপীনচিংবা ফংনীঙবদা ফংবা যোগীদুনা ঙমগনি। অদুবু অসিগুম্বা অপাম্বশিংসি লৈতনবা চেকশল্লু হায়নৈ মরমদি অসিগুম্বা মায়িকসুখদা লুপত্রবদি আত্মাগী লৈখা তাবা অদুগা সংসারদা বন্দী ওইথবা হায়বদু থোক্কনি। চেকশন্-ৱাহৈ অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না মীংনা শিংনা বুদ্ধি শীজন্নগদবনি।

পরমেশ্বর ভগবান্দি অমতনি অদুগা মাগী প্রকাশদি মখল মখা য়াম্মী। মরমদুনা মহাক পোৎ খুদিংমক্কী অন্তর্যামী পরমাত্মানি। মী অমনা করিগুম্বা অমা উবদা মহাক্না খঙগদবদি মানা উবদুনা অকোনবনি অদুগা ভগবান্না উবনা অহান্‌বনি। ভগবান্না হান্না উদ্রিঙৈদা কনামতনা উবা ঙমদে। মসি

বেদ অমসুং উপনিষদ্‌শিংনা তাকপনি। মরমত্নুনা ঐখোয়না করিগুম্বা অমা উবা নত্রগা তৌবদা, উবা অমসুং তৌবা থবক পুম্নমক্কুগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মাদি ভগবান্নি। মতম অমতদা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইবা অত্নুগা তোঙান্‌বসু ওইবগী রাযমসি (বাদ অসি) অচিন্ত্যভেদাভেদতত্ত্ব হায়না ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুথোক্লম্বা দর্শন শাস্ত্রনি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী বিরাট রূপ হায়বসিদা প্রাকৃত জগত্তা উরিবা পুম্নমক য়াওরবনি, মরমত্নুনা মাগী বিরাট রূপ অচৎ-চৎতা পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামী পরমাত্মানি। অত্নুবু বিরাট রূপ অসি নারায়ণগী হায়বদি বিষ্ণুগী শকফোঙ (প্রকাশ) অমনি। অত্নুগা ঐখোয়না অসুম মথা চৎথত্নুনা থিথবগা ইরোই-লোইবদা থেংনগদবদি শ্রীবৃষতনা লৈরিবা পোৎ খুদিংগী অন্তর্য্যামী পরমাত্মানি। রারোই হায়ববু মীপুম খুদিংনা চিংনবা থাদোক্তুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণতবু লাংকদবনি হায়বসিনি অত্নুগা মরমত্নুগীদমক মাগী প্রকাশ নারায়ণবুসু লাংপা য়াই, অসি নত্তবা অমবু লাংলুফম থোক্তে। বেদ মন্ত্রশিংদা তশেংনা হায়বিবদি ইহান্ হান্‌বদা নারায়ণনা জড়া প্রকৃতিদা মীৎযেং তাই, মত্নুগী মরম্না জগৎসৃষ্টি ওইবনি। সৃষ্টিগী ১মাঙদা ব্রহ্মাসু লৈরমদে, শিব মহাদেবসু লৈরমদে, অতৈগী রাদি কবিমুক হায়গনি? শ্রীপাদ শঙ্করাচার্যানসু রাযমসিবু লেপ্নমক য়াবস্বনি। নারায়ণদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী রাংমদনি অতৈ পুম্নমক্না প্রাকৃত সৃষ্টিগী মনুংদনি হায়বসি মহাকস্ত য়াথি। মরমসিনা প্রাকৃত সৃষ্টিসি মতম অমতদা নারায়ণগা লৈমিন্নৈ অত্নুগা নারায়ণদগীসু তোঙাল্লী। রাযমসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অচিন্ত্য ভেদাভেদতত্ত্ববু শোগৎলি। নারায়ণগী মীৎযেং-শক্তিদগী থোবকপা ওইদনা প্রাকৃত সৃষ্টি পুম্নমকসি নারায়ণদগী তোপ্পোপ্না অমা নত্তে। অত্নুবু নসি নারায়ণগী বহিরঙ্গ মায়াদগী থোবকপা অত্নুগা আত্মমায়াদগী তোঙাস্তাবা পোৎনিনা প্রাকৃতসৃষ্টি পুম্নমক নারায়ণ মঙোন্দগী তোঙাস্তাবনি। নৈনবিবা শ্লোকসিদা মঙমঙবা মী অমবু খুদম ওইনা পীবনি, খুদমসি য়াম্না যজবা খুদম অমনি। মঙমঙবা মী অমনা মমঙদা পোৎ য়াম্না শাত্নুনা পুথোকই, অত্নুনা মহাক্না পোৎ মযামত্নুগী লাংলক্না থুরগা পোৎশিংত্নু উবি অত্নুগা মত্নুগী তুংতারকপা ফল-সু মহাক্না চারি। প্রাকৃত সৃষ্টি অসিবু তশেংনমক ভগবানগীদি মঙগুম্বা সৃষ্টি অমনি অত্নুবু ভগবান্দি প্রাকৃত-নত্তবা পরমাত্মানিনা মঙগুম্বা সৃষ্টিসিগী যল মযাম্না মহাকপু লাংদা থুহনবসু ঙমদে। ভগবান্দি মাগী প্রাকৃত-নত্তবা যাঁভমদা অত্নুম মতম পুম্বা লৈবিবনি। অত্নুগা মক ওইনদি মহাক্না পোৎ খুদিংমক ওইবনি অমসুং পোৎ অমতনা মঙোন্দগী তোঙান্‌বা নত্তে। মরমসিনা মহাক্কী অংশ অমা ওইনা মী খুদিংনা পুক্নীং লোঙদবমখৈ মাবুদা ধারণা তৌগদবনি; অত্নু নৎত্রগাদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী শক্তিশিংনা ঐখোয়বু মথঙ মথঙ ওইনা লাক্‌খুগনি। রাযমসি ভগবদগীতাদসু হায়রিবনি, মত্নুদি —

**সর্ব্বভূতানি কৌন্তেয় প্রকৃতিম্ যান্তি মামিকাম্।**
**কল্পক্ষয়ে পুনস্তানি কল্পাদৌ বিসৃজামি অহম্।**

"হে কুন্তীগী মপারি, কল্প অমা লোইবগা প্রাকৃত সৃষ্টি পুম্নমক (সর্ব্বভূতানি) ঐগী প্রকৃতিদা চংঙী, অত্নুগা কল্প অমা হৌরকপদা ঐগী শক্তিনা অমুক সৃষ্টি তৌই।"

অত্নুম ওইনমক মীওইবগী পুন্সিদি সৃষ্টি প্রলয় হায়না হন্না হন্না তৌরিবসিদগী নাম্বোক্লবা তান্জা অমনি। মীওইবগী পুন্সিসি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ মায়াদগী নাম্বোক্লবা অত্নুগা মাগী আত্ম-মায়াদা চঙনবা পাম্বৈ অমনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অনীশুবা স্কন্ধদা ঈশ্বর খণ্ডবগী অহানবা খোণ্ডথাং কৌবা অহান্‌বা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

- ❋ -

অনীশুবা অধ্যায়

# থম্মোইনুংদা লৈরিবা ঈশ্বর

শ্লোক ১

শ্রীশুক উবাচ

**এবং পুরা ধারণয়াত্মযোনির্নষ্টাং স্মৃতিং প্রত্যবরুধ্য তুষ্টাৎ।**
**তথা সসর্জেদমমোঘদৃষ্টির্যথাপ্যয়াৎ প্রাগ্ ব্যবসায়বুদ্ধিঃ ॥১॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী; এবম্—মতৌ অসুম্না; পুরা—জগৎসৃষ্টিগী মমাংদা; ধারণযা—খন্দুনা; আত্ম-যোনিঃ—ব্রহ্মাজীগী; নষ্টাম্—মাংঙ্ৱবা; স্মৃতিম্—নীংশীংবা; প্রত্যবরুধ্য—অমূক হন্না ফংদুনা; তুষ্টাৎ—ভগবানবু পেলহনবা মবন্না; তথা—অদুগী তুংদা; সসর্জ—সৃষ্টি তৌখি; ইদম—প্রাকৃত জগৎ অসি, অমোঘদৃষ্টিঃ—শেংনা উবা মী; যথা—গুম্না; অপ্যয়াৎ—শেম্খি; প্রাক্—মমাংঙৈগুম্না; ব্যব-সায়—চুম্না খংলবা, বুদ্ধিঃ বুদ্ধি (লৌশীং)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী— মমাংঙৈদা প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি তৌদ্রিঙৈদা, ব্রহ্মানা বিরাটরূপ অদু ধ্যান তৌরগা ভগবানবু পেলহল্লগা মাগী মাংলুববা স্মৃতিদু (নীংশীংবা হাযবদু) ফংখি। মতৌ অসুম্না হান্নগী মতৌগুম্না সৃষ্টি অমূক হন্না তৌবা ঙমখি।

নৈনবোল

শ্রীব্রহ্মাজীগী মবমদা পল্লিবা খুদমসি কাউজনথীবগী খুদম অমনি। ব্রহ্মাসি ভগবানগী গুণ অমগী অবতারনি। প্রাকৃত রজঃ গুণগী অবতার ওইবা মরন্না মঙোন্দা জগৎ সৃষ্টি তৌবগী থবক অদু পাংথোক্লবা শক্তি পীনবিখি। অদুম ওইনমক মহাকস্তু জীবলক্তা য়াওবা অমা ওইবনা মাগী শেম-শানবা শক্তিগী বিদ্যাদু কাউগল্লি। ব্রহ্মাদগী হৌরগা তোলেন্তোনবা পীক্লেন-পীকপা ককচেং ক্যাওবগী মনুংদা য়াওবা জীবশিংগী কাউজনথীবসিবু কোকহনগে হায়রবদি ভগবানগী বিরাটরূপ অদুদা পুক্নীং লুপলগদা য়াগনি। পুক্নীং লুপ্নগী তাঞ্জাসি মীওইবা মপোক্কদা ফংবা য়াই; কনাগুম্বা মী অমনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী পাউতাক ইল্লবা অদুগা বিরাটরূপ অদুবু ধ্যান তৌবা হৌরবদি মাগী শুদ্ধ ভাবনা পোক্লকপগা অমসুং ভগবানগা লৈনবা নিত্য সম্বন্ধদু কাউথোক্লবদু কোকপগা মতম মতমদা ওইগনি। কাউজনথীবসি হেক কোকপগা মফমসিদনে, অদুগা ভগবদ্গীতাদনে (২।৪১) পল্লিবা "ব্যবসায়বুদ্ধি" খুদক্তা ওইগনি। জীবগী ব্যবসায়বুদ্ধি-সিনা (চুম্না খংলবা মখং অসিনা) জীবদুবু ভগবানগী প্রেমসেবা তৌহনগনি। প্রেমসেবাসি জীবগী তৌযম থোকপা অমনি। ভগবানগী রাজ্যাদি ঙমখৈ নাইদে, মরমদুনা ভগবানগী তেংবাংনবা মশীংসু ঙমখৈ নাইদে। ভগবদ্গীতানা (১৩।১৪) হায়রি, ভগবানগী খোঙ, খুৎ, মীৎ, চীন্-য়াদি মাগী সৃষ্টিগী কাচিন্-কোয়া পুম্নমক্তা লৈ। মসিনা তাকপদি ভগবানগী অংশ ওইবা জীব মথল মথাশিংসি মহাক্কী তেংবাংনবা

খুৎ ঙাক্তনি; মখোয় লোইনমক ভগবান্‌গী সেবা মখল অমা নৎত্রগা অমা তৌনন্বা লৈরিবনি। মায়াবদ্ধ জীবনা ব্রহ্মা ওইরফাওবদা অহঙ্কারদগী পোকপা মায়ানা কূপথিবনা মথৌসি কাউথোকয়ি। অসিগুম্বা অহঙ্কারবু ভগবান্‌গী ভাবনাদা লৈরগদি তাম্বোকপা ঙমগনি। মুক্তি হায়বহুদি অকাউ-লাই-চুবা কোকপা অহুগা ভগবান্‌গী প্রেম-সেবা তৌববু হায়বনি; মসিগী খুদমদি ব্রহ্মানা ওইরিবনি। ব্রহ্মানা খুদম ওইনা উংলিবা অকাউলাইচুবা কোক্না তৌবা সেবাসিগা পরার্থগীদমক্কি (অতোপ্পগীদমক্কি) হায়না তৌবা অরাল-অহুইনা অমসুং কাউজল থীবনা থল্লবা সেবাশিংগা থেম্নৈ। মুক্তি হায়বসি থবক তৌদবা হায়বা নত্তে, মাদি মীওইবগী অ্যাল-অহুই হায়বহু য়াওদবা সেবাহুনি।

শ্লোক ২

**শাব্দস্য হি ব্রহ্মণ এষ পন্থা যন্নামভির্ধ্যায়তি ধীরপার্থৈঃ।**
**পরিভ্রমংস্তত্র ন বিন্দতেঽর্থান্ মায়াময়ে বাসনয়া শয়ানঃ॥২॥**

শাব্দস্য—বেদশব্দগী ওইবা; হি—লেপ্পমক; ব্রহ্মণঃ—বেদশিংগী; এষঃ—মখোয়সি; পন্থা—লম্বী; যৎ—মহু; নামভিঃ—তোঙান-তোঙানবা মিংনা; ধ্যায়তি—ধ্যান তৌই; ধীঃ—বুদ্ধি; অপার্থৈঃ—অর্থ লৈতবা রা ঙাক্লা; পরিভ্রমন্—কোয়না চৎতুনা; তত্র—মহুদা; ন—নত্তে; বিন্দতে—ফংঙী; অর্থান্—অওইবশিংহু; মায়াময়ে—মায়াগী ওইবদা; বাসনয়া—অপাম্বশিংনা; শয়ানঃ—তুম্বদা মঙ মঙবগুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদগী শব্দশিংনা তাকপা লম্বীদি কয়াম্মুক ঙাওহন্নঙাই ওইবগে হায়ববু মখোয়না স্বর্গরাজ্যনচিংবা করিসু কান্নদবা পোৎতা ঙাক্তবু মীওইবশিংদা খলহল্লী। অসিগুম্বা মায়াগী ওইবা স্বর্গরাজ্যগী সুখ (নুংঙাইবা) অহু যংননবগী মঙ মঙহুনা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা তাউহুনা লৈ; অহুবু মথম অহুদা মখোয়না অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বহু ফংদে।

নৈনরোল

মায়াবদ্ধ জীবনা মতম পুম্বদা প্রাকৃত জগৎসিদা নুংঙাইবা য়াননবা যোজনা কয়া তৌই; মানা তৌবসি ব্রহ্মাণ্ডগী ঙমখৈ ফাওবা তৌই। পৃথিবী কৌবা উপগ্রহ অসিদা যংবা নুংঙাইনবগী পোৎলমশিংনা মহাকপু পেলহনবা ঙমদে; মানসু ঙমজবমখৈ প্রকৃতিগী সম্পদ্ অসি মাগী কান্নবা শীজন্নরিবনি, অহুমক্তদা পেনবা ঙমদে। মানা চন্দ্র অমদি শুক্রগ্রহদফাওবা চৎলগা লমদমশিংহুগী লন অহু শীজন্নবা পাম্মী। অহুবু ভগবদ্গীতাদা (৮।১৬) ব্রহ্মাণ্ডসিগী মনুংদা অহুদা নত্তনা অতৈ ব্রহ্মাণ্ডশিংদা লৈবা শীঙনাইদবা গ্রহ-উপ-গ্রহশিংসি করিমতা কান্নদবনি হায়না ভগবান্‌না চেকশন্নবা তাকপীরম্মী। ব্রহ্মাণ্ড মশীঙ নাইদবমখৈ লৈ অহুগা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা গ্রহ-উপগ্রহসু শীঙনাইদনা লৈ। অহুবু সংসারগী পোকপা শিবা অহল ওইরকপা অমদি অনা-অয়েক তৌবা হায়বসিগী অরা অনা লৈতবা হায়বদি সংসারগী মৈচাক লৈতবা লমদম অমতা মখোয়গী মরক্তা য়াওদে। ভগবান্না হায়—খ্বাইদগী রাংবা মফমদা লৈবা ব্রহ্মলোক নত্রগা সত্যলোক কৌবা লমদম অহু ফাওবা মথক্তা পনখিবগুম্না সংসার মৈচাক লৈবা মরম্না লৈরুবদা নুংঙাইবা মফম অমা নত্তে; অহুনদি অতৈ স্বর্গনচিংবা লোকশিংগী রাদি করি হায়গনি? মায়াবদ্ধ জীবশিংদি কর্ম্ম ফল চাবগী নিয়ম মখাদা চেৎনা ফাহুনা লৈবনি, মরমহুনা মখোয়দি নাগরদোলাদা অঙাংমচাশিংনা অকা-কুম শাম্নবদৌনা করিগুম্বা মতমদা ব্রহ্মলোক য়ৌই অহুগা করিগুম্বা মতমদা পাতাল তানা কুম্মী। তশেংবা নুংঙাইবা হায়ব-হুদি ভগবদ্ধামদদা মরৈবনি, মফমহুদদি কনামতা সংসার-মৈচাক হায়বহু ফংদে। অহুনা জীবশিংগী বেদনা তাকপা কর্ম্ম তৌবগী মঙংশিংহুনা মখোয়বু বিভুলা চুহল্লে। দেশ অমদগী অমদা নত্রগা লোক অমদগী লোক অমদা লৈকরগা হেন্না নুংঙাইগনি হায়না কনাগুম্বনা খনবা য়াই, অহুবু প্রাকৃত জগৎকী মনুংদা লৈবা মফম

অমতনা মী মাগী অনীওবা হায়বদি সচ্চিদানন্দময় ওইবা পুন্সি ফংহনবা ওম্মোই। ৱাক্ষমসিনা তাকপা ইঙ্গিত্তি অসিনি মতুদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা মাগী আয়ু লোইরমদাইদা স্বর্গদা লৈবনচিংবগী রাখল থাদোক্লুনা ময়ুমদা হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা হন্নবা শেমশাবনা হেন্না ফৈ হায়বসি শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়বনি। প্রাকৃত গ্রহলোকশিংগী মরক্তা অমত্রস্থ নিত্য নত্তে, অদুনা লোকশিংদুদা লৈনবগী শীন্নিংবা থোরাংশিংদুসু নিত্য ওইবা অমতা য়াওদে, মরমদুনা অসিগুম্বা নিত্য-নত্তবা মুংওাইনবু তশেংনা পামফম থোক্তে।

শ্লোক ৩

**অতঃ কবির্নামসু যাবদর্থঃ স্যাদপ্রমত্তো ব্যবসায়বুদ্ধিঃ।**
**সিদ্ধেঽন্যথার্থে ন যতেত তত্র পরিশ্রমং তত্র সমীক্ষমাণঃ॥ ৩॥**

অতঃ—মরমসিনা; কবিঃ—অউবা মীনা; নামসু—মিংতদা; যাবৎ—খ্বাইদগী য়ামদ্রবা; অর্থঃ—কান্নবা; স্যাৎ—ওইফম থোকই; অপ্রমত্তঃ—মখোয়দু যংনবা ওাওদবা; ব্যবসায়-বুদ্ধিঃ--লেঙদবা বুদ্ধিনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা মী; সিদ্ধে-সিদ্ধিগীদমক; অন্যথা—নত্রগদি; অর্থে—মরমগীদমক; ন—নত্তে; যতেত—হোৎনৈ; তত্র--মদুদা; পরিশ্রনম্—কন্না নোম্বা মনোম; তত্র মফমদুদা; সমীক্ষমানঃ—তশেংনা উরিবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা জ্ঞান লৈবা মীশিংনা মমিংগী হায়রগা ভোগ তৌনওাই পোৎতাগীদমক যতন তৌফদে, হিংনবগী চঙদবা য়াদবা পোৎকীদমক্তা হোৎনফম থোকই। অদুগা চঙদবা য়াদবা পোৎ থরদুদসু আসক্ত ওইফদে, মখোয়দুনা নিত্য সুখ হায়বদুসু পীবা ঙমদে হায়বসি লেপ্পা খঙগদবনি। অদুগা হিংনবা পাম্নৈ ওইবা পোৎশিংসু করিগুম্বা মওংদা ফংবা ঙম্নবদি মহৎগীদমক থোইদোক্লা যতন তৌযদে।

নৈনরোল

ভাগবত-ধর্ম্ম হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতমনা তাকপা ধর্ম্মদি সকাম কর্ম্মশিংগা খেন্নৈ। সকাম কর্ম্মশিংবু ভক্তশিংনা মতম মাঙনবা থবক্তি হায়না লৌই। বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক হায়বদি সংসার পুম্নমক 'জগৎ' হায়না চংথরি, মরমদি কনাগুম্বগী কীভমতু মুংঙাইনবা অমদি চেৎনবগী থোরাঙ লাঙনবা। অদুবু মীপুম খুদিংনা উবি মতুদি ঐখোয়না লৈরিবসি করিগুম্বা মতাঙদসু তুংসু মুংঙাইতে অদুগা অচেৎপা হায়বদুসু ওইদে অদুগা ওইসু ওইবোই হায়বসি। লন্ডনগী ওইবা সভাতাগী চাত্তথৎপা হায়বা মায়াসিনা শুমহৎলবা মী-শিংদু তশেংনমক অঙাওবা ভাক্তি পার্থিব সৃষ্টি পুম্নমকসি মিং ময়ানগী মঁৎত্রং অমনি। তশেংবদি মসি লৈপাক, ঈশাঙ অমদি মৈ-গুম্বা জড় ত্তইবা পোৎনা শাবা বুদ্ধি মাঙহন্নওাই ওইবা সৃষ্টি নত্তনা অতৈ অমা নত্তে। য়ুম দলাল, উপু-কাংথোন-নচিংবা ইমুংদা থম্বা পোৎচৈশিং, কার, বাংলা-শঙ, মিল, কারখানা, খুৎ-শাগী পোত্থোক, শান্তি লাল অদুগা ভৌতিক বিজ্ঞাননা পুথোকপদা য়োৱবা পোৎ আণবিক শক্তি অমদি ইলেকট্রোনিক্স নচিংবা পুম্নমকসে প্রাকৃত গুণ অহুম তিন্নদুনা থোরকপা ফলগী ওইবা পঞ্চভূতকী মিং তোঙান তোঙানবা ভাক্তি। ভগবান্গী ভক্তশিংদি পোৎশিংসিবু মুন্না খঙই মরমদুনা নিত্য নত্তবা পুন্সিগীদমক কান্ন-দবা পোৎ থোকহনবদা থোইনা থরাই য়াওদে; মখোয়না পুন্সি নিতানি হায়না লৌদবা মরম্না পোৎ-চৈশিংবু সমুদ্রগী কোঙ্গোন্দগী হেন্না কান্নদবনি হায়না লৌই। অচৌ অচৌবা নিংথৌশিং, নেতাশিং অমসুং লাম্মীশিংনা মখোয়গী মিং অদু মতম শাংনা ইতিহাসতা লৈহৌনবা হায়দুনা অমগা অমগা লাম্বেংনৈ। অদুবু মতমগী থোঙলৈ মতুং ইন্না মখোয়বু কাউথোকই অদুগা ইতিহাসদা মখোয়গী মহুত্তা অতোপ্পা শতাব্দী অমমুক্কী মফম ওইখি। অদুবু ভক্ত অমনা ইতিহাস অমসুং ঐতিহাসিক কর্ম্মীশিংসে লেপ্পনাইদবা মতমগী কান্নদবা পোত্থোক ভাক্তি হায়বা খঙঙী। সকাম কর্ম্মীনা লন্ডন, তুপী অমদি জগৎনা খঙবগী মিংচৎনচিংবসি য়াম্না পামজে, অদুবু নিত্য ওইবা পরতত্ত্বদা লুপ্পা ভক্ত অমনদি মসিগুম্বা ওইদবা পোত্তাশিংদু পামদে। মখোয়দদি

মসিপুম্বা মতম মাঙনবনি হায়না খল্লী। মীওইবা পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংমক মমল লৈবনিনা জ্ঞান-তাবা মীনা মতম্বু য়াম্না চেকশিন্না শীজন্নবা হোৎনগদবনি। মীওইবা পুন্সিগী মীৎকুপ অমত্তং সংসারগী মুম্বানবদা লুংঙাইনবা থিবদা মাঙহনখিবা থোক্লবদি লুপা কডোব কড়োর ভিংহুনমু ম্রাঙখিবা মীৎকুপ অতু হনজিনবা ঙম্লোই। মরমতুনা মায়াগী মথুত্তগী হায়বদি পুন্সিদা তৌরিবা মায়াগী থবকশিংদগী লাক্লোকপা পামলিবা পরমার্থীকশিংনা সকাম কর্ম্মশিংগী মপাম্বোংগী ইরাংনা শুমহত্তনবা চেকশনগদবনি। মীওইবগী পুন্সিদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগী থক নত্তে, মসিদি আত্মা উপলব্ধি তৌনবগী পুন্সিনি। হীরমসিবু ঐখোযদা শ্রীমদ্ভাগবতম্না হৌবদগী লোইবফাওবদা তাকপীরিবনি। মীওইবগী পুন্সিদি আত্মা মশক খঙবগীদমক্তনি। মপুঙফাবা অসিবু তম্লিবা সভ্যতানা পামদবা পোৎ ময়াম শাবদা থল্লাই থক য়াওদে, অসিগুম্বা মপুঙ ফারবা সভ্যতানা হিংবগী চঙদবা যাদবা পোৎলমদমক লৌনবা তাকই নৎত্রগা লুংঙাইতবা যাঁভমু য়ারিবমখৈ লুংঙাইহন্নবা থৌবাং তৌহল্লি। ঐখোয়গী প্রাকৃত দেহশিং অতুগা ঐখোযগী পুন্সিদি লুংঙাইতবা ফাঁভমগী পোৎতানি, মরমদি জীবদি তশেংনা আত্মানি, অতুনা জীবগীদি আত্মাগী অকারম থিবা হায়বসি তঙাইফদনা তৌগদবা থবক অমতা ঙায়বা হাযবতুনি। মীওইবগী পুন্সিদি হাযবিবা রাফমসিগীদমক্লি, অতুনা ঐখোয়না মসিগী মতুং ইন্না চৎথগদবনি, মতুম্না চৎথবদা ঐখোয়গী চঙদবা যাদবা পোৎতমক লৌগদবনি অমসুং মবম অতৈদা পূর্ণাং চঙবা তোক্নুনা ভগবান্না পীবা শরূক অতৃতমক লৌতুনা হিংনবা হোৎনগদবনি। মরম অতৈদা পূর্ণাং চঙবা তোকপা হাযবদি প্রাকৃত সুখগীদমক ঙাওদবা হাযবনি। সভ্যতাগী লম্ব্ুম চাওথংপা হাযবতুদি অসুরশিংগী সভ্যতা কৌই, মতুগী পোলোইদি লাল তৌবা অমসুং অরাংপা লঙশন্নবা ওই। চম্নবা পুন্সি লেনবা অমদি অবাঙবা রাথল খনবদা অরাবা কোঙ্গাই লাক্লবসু খোঙযম মফৈ অমফাওবা লেপথ্রবা বাবেপ-তগী লেংলোয হাযননবা পবমার্থীশিংবু চেকশন্নবা পাউমেল্লি। পবমার্থী অমগীদি ইন্দ্রিয পেন্নবা পোৎ গ্রাগা সঙ্গ তৌবদি আত্মহত্যাগা পাংখক্লি, মবমদি মতুগুম্বা সঙ্গনা পুন্সিগী মসিনা মবোযরে হাযবা যিদম যংবা ঙমহল্লোই। শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎকা উয়রম্বা মতাঙসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব-গুম্বা মীতা অমবু উনদবা যাদ্রবনি হাযবা মতাঙদনি। পবমার্থী অমগী মথৌদি অশেঙবা মোক্ষবু পাম্বা মীতাশিংবু তেঙবাঙবনি অমসুং মোক্ষগী মরম্বু শোগৎপনি। ঐখোয়না খঙজনগদবা রাযম অমদি শুকদেব গোস্বামীনা মহাবাজ পবীক্ষিৎকা মানা নিংথৌ অচৌবা অমা ওইরি ঙৈদা কদৌ ঙৈদসু উননবা লেঙলব্রমদে। পরমার্থী অমনা তৌগদবা থবক মওডু মতুঙগী শ্লোক অসিদা তাক্লি।

শ্লোক ৪

**সত্যাং ক্ষিতৌ কিং কশিপোঃ প্রয়াসৈর্বাহৌ স্বসিদ্ধে হ্যুপবর্হণৈঃ কিম্।**
**সত্যঞ্জলৌ কিং পুরুধান্নপাত্র্যা দিগ্বল্কলাদৌ সতি কিং দুকূলৈঃ ॥৪॥**

সত্যাম্ লৈরবদা, ক্ষিতৌ - লৈপাক; কিম্- করি কান্নগনি; কশিপোঃ—যমুং কাঙথোন; প্রয়াসৈঃ—হোৎনবনা, বাহৌ --পাম্বোম, স্বসিদ্ধে—লম্নাইনা লৈরবদা; হি—লেপ্পমক; উপবর্হণৈঃ—কোকখাঙ মোন্না; কিম্- করি কান্নবা; সতি—লৈরিবদা; অঞ্জলৌ—খুবাক; কিম্—করি কান্নবা; পুরুধা—মখল মখা; অন্ন—অচাপোৎ; পাত্র্যা হাপযম কোল্লীক্লা; দিক্- অহাঙবা মায়কৈ, বল্কল-আদৌ--উকৃ; সতি—লৈরিবদা; কিম কবিগী কান্নবা, দুকূলৈঃ—চরৈ ফিতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাকপা লৈপাক লৈরিবদা হীপ্পনবা ফমুং-কাংথোন্না করি কান্নগনি? পাম্বোম লৈনা লৈনা কোক-খাঙ-মোন্না করি তৌগনি? খুবাক লৈরিবদা পোৎহাপ শেন্না কদৌগনি? মায়কৈ পোয়রৈ অমদি উকৃ-নচিংবা লৈরিঙৈদা চরৈ ফিনবু কদৌগনি?

নৈনয়োল

হকচাঙ য়োকপগী অমসুং মাগী মুংঙাইবগীদমক পুন্সিদা চঙ্গদবা পোৎতাশিংছু অরেম্বদা পঙথেন হেনগৎহনফদে। অসিগুম্বা মায়িক সুখ থিবদা মীওইবগী মঙম পুম্বা মাঙহল্লে। লৈপাক্‌থক্তা হীপ্পা ঙম্নবা মীনা কাঙথোন মোম্পাক অক্ষবা ফংননবা করিগী হোৎনফম থোকপগে? মোন য়াওদবমখৈ হীপ্পা য়ারবদা অদুগা প্রকৃতিনা পীবা অয়োন্‌বা পাম্বোম্না মোন ওইনা খাঙলবদা মোন্ শীজিন্নবগী করি কান্নবা? শা-শলশিংগী পুন্সি নৈনকরগা ঐখোয়না উবদি য়ুমজাও, য়ুমগী ফমুংকাংথোন্নচিংবা উপু-ন্নুংবুনচিংবা পোৎচৈ শাবগী বুদ্ধি মখোয়গী লৈতে; মহুমকপু অহাঙবা লমদা কৎল্লগা মীওথীবা পুন্সি অমা মখোয়না লেন্‌বা ঙম্মী। মখোয় চাক থোংবা অমদি অচাপোৎ শেম-খোৎপা হৈতে, অদুবু মখোয় অদুম মীওইবদগী হেন্না হকচাঙ শেংনা লেল্লি। মসি হায় হায়দুনসু মীওইবগী সভ্যতাবু শা-শলগী সভাতাদা ওস্টো হায়বদি নত্তে নৎত্রগা মীওইববু উমং-ৱামঙদা বৃষ্টি, শিক্ষা, অমদি নীতিধর্ম্ম য়াওদবমখৈ ফি শেত্তবা ওইত্তুনা লৈসি হায়বা নত্তে। জ্ঞান লৈবা মী অমনা শাগী পুন্সি লেন্দুনা লৈবা ঙমদে; অদুগী মহুত্তা মীওইবা জাতিনা মবুদ্ধি ময়োশিংছু বলা, বিজ্ঞান, কবিতা অমদি দর্শনশাস্ত্রনচিংবা নৈনবদা শীজিন্নগদবনি। মতৌ অসুম তৌরগা মীওইবগী সভ্যতানা চাংখৎ-খোঙথাং থাংলকপদা তেঙবাঙবা ঙমগনি। অদুবু শ্লোকসিদা হায়রিবা ভাবতি শা-শলদগী হেল্লিবা মীওইবগী পাঙ্গলদু আত্মা শক্‌থঙনবগীদমক্তা শীজিংথোক্কদবনি। মীওইবগী সভ্যতা চাওংৎপা হাযবসে ভগবানগা লৈনরিবা সম্বন্ধ (মতম থরা মাঙলুরবা) অদু অমুক হন্না লৈহল্লবা হোৎনবগী পন্থুংদনি; হাযবিবা পন্থুংসি য়োনব৷ হোৎনবদি মীওইবগী মুক্তিদা নত্তনা অতৈ মপোক্কী মুক্তিনদি য়ারোই। মায়িক ওইবা পোৎশিংসি তুংকোইদবা ওইদবা ঙাক্তনি পঙউ-উবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙফম থোকয়ি অমসুং পুন্সিগী অৱাবা-মৈচাক কোক্নবা হোৎনযম থোকয়ি। শারমচৎকী খজিক্তুংদি লূনা-নান্না উরবা সভ্য-তাদা তাউদুনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা তৌবগা মুংঙাইথোকপদি শেরান্নবা ৱাখন্নি, অসিগুম্বা সভ্যতাদি সভ্যতা পৌবদা মতীক চাদে। অসিগুম্বা ওইদবা থবক তৌবনা ঐখোয়বু মায়ানা খ্যুদুম চল্লি। থায়নগী মহা-মনি অমদি মহর্বিশিংনা লৈতেংগী পোৎনা থম্লবা অদুগা হকচাঙগা মরী লৈনবা পোৎলম্না মরাঙ কায়রবা য়ুমজাওদা খক লৈরমদে। মখোযদি কুঞ্জবন অমদি খাংপোকশঙদা ঙাক লৈরম্মী অদুগা লৈমায়থক্তা ফমম্মী, অদুম ওইনমক মখোয়না থনম্বদি অৱাংবা থাক্কী জ্ঞানগী পুক্কৈ ঙাক্তনি। শ্রীলরূপ গোস্বামীগা শ্রীল সনাতন গোস্বামীগা অনীসি ৱাজা অমগী চাউরবা মন্ত্রী ওইরম্বনি, অদুবু মখোয়না অহিং অমমম উখোঙদা লেম্নগা মতীক মগুণ চেল্লবা আত্মাবিদ্যাগী লাইরিক কয়া ইদুনা থনম্মি। মখোয় উখোঙ অমদা অহিং অনী চুপ্পা লৈরমদে; অদুনা হৌজিক্কালগী মুংঙাইরবা য়ুবদাশিংনা কদৌগনি? অদুম ওইনমক মখোয়না আত্ম-উপলব্ধি তৌনবা খ্বাইদগী হেন্‌বা লাইরিক কয়া পীবা ঙমখি। দেহগা মরী লৈননা পুন্সিগী মুংঙাইবনি হায়রিবশিংদু অকারম্ তানখৎলক্লিবা সভ্যতাগীদমক্তি মতেঙ থোইনা ওইদে, মাতেঙ ওইবগী মহুত্তা অকা-রমগী পুন্সিলমদা অকায়বদুম ওই। সমাজিক জীবনগী বর্ণ মরি অদুগা আশ্রম মরি থায়রিবা সনাতন ধর্ম্মগী নিয়মসিদা অকারম-তান্‌বা পুন্সিগী পোলোই মুংঙাইনবগীদমক সুযোগ-সুবিধা অমদি পাউতাক-পাউমেন মরাং কায়না পীরি অমসুং পুন্সিগী পন্থুং অপাম্বদু যংননবা থাদোকপগী (ত্যাগগী) পুন্সি চৎলু হায়না সনাতন ধর্ম্ম পাম্বা থৱাই য়াওজবা মীতাশিংদা পাউতাক পাংমেল্লি। পুন্সি হৌবদগী তাগগী লম্বী চৎপা হৈনরক্তবা মীতাশিংনা মরক্তগী ওইরবসু শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা তাক্লিবা মতুংইন্না হৈননবা তৌগদবনি, অদুদনা পুন্সিগী সিদ্ধি ফংবদা মতেঙ ওইগনি।

শ্লোক ৫

**চীরাণি কিং পথি ন সন্তি দিশন্তি ভিক্ষাং নৈবাঙ্ঘ্রিপাঃ পরভৃতঃ সরিতোঽপ্যশুষ্যন্।**
**রুদ্ধা গুহাঃ কিমজিতোঽবতি নোপসন্নান্ কস্মাদ্ ভজন্তি কবয়ো ধনদুর্মদান্ধান্ ॥ ৫ ॥**

চীরাণি—ফিজেৎ-ফিগায়; কিম্—করি; পথি—লম্বী সোড়োক্তা; ন—নত্তে; সন্তি—লৈ; (ন সন্তি—লৈতবরা); দিশন্তি—লেম্না পী; ভিক্ষাম্—ভিক্ষা; ন—নত্তে; এব—স্থ; অঙ্ঘ্রিপাঃ—উপাম্বীশিং; অপি—স্থ; অশুষ্যান্—কংলে; রুদ্ধা—মেল্লবা; গুহাঃ—গুহাশিং; (লৈকুৎ-লৈক্রোং); কিম্—করি; অজিতঃ—মায়থীদবা, পরমেশ্বর ভগবান্; অবতি—ঙাকশেন্বী; ন—নত্তে; উপসন্নান্—চঙজরক্লবা মীশিংবু; কস্মাৎ—করম্না; ভজন্তি—চীরোন্ তৌয়ি; কবয়ঃ—কবিশিংনা (লাইরীক হৈবশিংনা); ধন—লন; দুর্মদ-অন্ধান্—ময়াই কাবনা মীৎ তাঙলবশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বী লমখাঙদা যৌজেৎফীগায় তাদবরা? উ-পাম্বীশিংনা ভিক্ষা পীদ্রবরা? তুরেনশিংনা কংলক্তুনা ঈশীং খোৌরাংবশিংদা ঈশীং পাথক্তরবরা? চীঙদা লৈবা লৈকুৎ-লৈক্রোংশিংদু মেন্থ্রবরা, অদুগা ভগবান্দা মশাবু পুঙকৎ-কচ্চববা মীশিংবু ভগবান্না ঙাকশেন্বিদ্রবরা? অদু ওইরবদি রানা রানা তান্বা মরম্না ময়ায় কারবা মীশিংবু খঙ উরবা কবিশিংনা চীরোন্ কবিগী তৌকনি?

নৈনরোল

পুন্সিগী বৈরাগ্য (থাদোকপা) হায়বসি চাক্লী-ফিনীদুনা নংত্রগা উতাংবীগুম্না মীবু শেন তিংহন্দুনা পুন্সি লেন্বা হায়বা নত্তে। অভিধানগী মতুং ইন্না, উতাংবী ওইবা মীদি সমাজগী মফমদা বরিমতা পীদ্রগা সমাজগী মরম্না হিংবা চীরোন্ খোঙবান্বা হায়বনি। বৈরাগ্য (সন্ন্যাস) হায়বদি সমাজগী মফমদা মরু ওইবা পোৎ অমা পীননবগীদমক্নি। গৃহস্থগী মরম্ চাদুনা হিংবগীদমক নত্তে। তশেং তশেংবা সন্ন্যাসী অমনা গৃহস্থশিংদগী ভিক্ষা লৌবদি ভিক্ষা পীবা মীদুগী কান্নবা অমা যংহনবিনবা সাধু সন্ন্যাসীদুনা তানঙা পীবিবনি হায়নদুম অমরোমদা অর্থ লৌবা য়াই। সনাতন ধর্ম্মগী মতুং ইন্না সন্ন্যাসীদা ভিক্ষা হাপ্নদি গৃহস্থগী মথৌ শকক অমনি, মরমদুনা গৃহস্থশিংনা সন্ন্যাসীশিংবু মখোয় মখোয়গী ইমুংগী মচা মশূগুম্না য়েংগদবনি অমসুং মখোযনা নিবা নাইদবম্বৈথ সন্ন্যাসীশিংদা মচা মশূদা পীজবগুম অচা অথক অমদি শেংনবা লিন-চিংবা পীগদবনি হায়না শাস্ত্রনা তাক্নি। মবমসিনা শাশন্নবা সন্ন্যাসীশিংনা গৃহস্থশিংগী পৌজ-পীথক্লাংবা পূকচেন অশেঙবদুগী খুদোংচাবা লৌবদি তৌযদে। সন্ন্যাস-আশ্রমদা চঙলবা মীগী ইহান হান্না তৌগদবা থবক্তি মীওইবনা আত্মাগী অকারম থিবদা কান্নগদবা লাইরীকচিংবা সমাজগীদমক ইর্বনি। শ্রীল সনাতন, শ্রীলরূপ গোস্বামীনচিংবা বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা লাইরীক লেংবগী মথক্তা তৌরম্বা থবক অতৈগী মরক্তা অথোইবা অমনা সেবাকুঞ্জদা মখোয় ময়াম পুন্নগা তত্ত্ব কথা নৈনবা অসিনি। (বৃন্দাবনগী সেবাকুঞ্জসিদা) শ্রীলজীব গোস্বামীনা শ্রীরাধাদামোদরগী মন্দির শাদুনা কংলম্মী অদুগা কুঞ্জদুদা শ্রীলরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীলজীব গোস্বামীগী সমাধিস্থ লৈ। মীওইবা সমাজগী কান্নবগীদমক কৃষ্ণতত্ত্বগী মরমদা লাইরীক কয়া ইদুনা থনম্মী। মদুগুম্বা সন্ন্যাস লৌনীংনা লৌরম্বা আচার্য্য পুম্বনা সমাজগী কান্নবগী উদ্দেশ্যদা লৌরম্মী মীগী মরম্না মরম্নাই নুংঙাইবগী নংলমদে। মরমদুনা সমাজগীদমক করিমতা তৌবা ঙমদবা মখোয়দুনা গৃহস্থগী মনাক্তা মচীঞ্জাক খিবগীদমক চৎযদে, মরমদি গৃহস্থদগী ভিক্ষা নিবা সন্ন্যাসী অদুদি মতীকচাবা সন্ন্যাসীশিংগী হকায়নবগী মশক্নি। চেকশন্ রাইহেসি শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা শেন্দান-পাম্বৈ ওইনবা সন্ন্যাস লৌবা সন্ন্যাসীশিংদা হায়রম্মী। অসিগুম্বা সন্ন্যাসীশিংদি কলিযুগসিদা য়াম্না লৈখ্রে। কনাগুম্বা মী অমনা লম্বোইনীংবদগী নংত্রগা করিগুম্বা ফীভম্না য়াদদুনা পোইরবা মতমদা মানা চেংনা থন্দুনা পায়গদবদি পবমেশ্বর ভগবান্না বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মফম খুদিংদা লৈরিবা জীব পুম্ববু য়োকপনি হায়বসিনি। অদু ওইরবদি ভগবান্ মাগী সেবাদা পুঙকৎ-কথোকচরবা মী অমবু ভগবান্না বরিগী থওইরোয়দোবা? পুম্নমকপু কোল্লিবা মপু অমনা মাগী মনাইগী চঙগদোবা পুম্বা য়েংশল্লি, অদুনদি শক্তি পুম্বগী অমসুং লন পুম্বগী মপু

ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবাননা মঙোন্দা পুঙকৎ-কৎথোকচররবা মনাইগী চঙ্গদবা পোৎলম য়েংশন্‌বিবদা কয়ামুক খোইনা হেন্না য়েংশন্‌বিগনি ! ময়ান্না চৎনবদি সন্ন্যাসী ভক্ত অমনা অচম্বা কৌপীন অমতং মিরুবা লৈতনা ফংবদো অত্তুতমক লৌগদবনি হায়বসিনি। মত্তুস্থু লমজাওদা ছুন্দোক্লবা, শেগায়বা ফি খুল্লগা শেংক-দবনি। মানা চাক লান্নগতা পুকচেন চাউবা পামেল অমদগী কেম্বরকপা উহৈ খুন্দুনা চাগদবনি। অত্তুগা ঈশীং খৌরাংবা মতমদনা ঈচেল্লিবা তুরেন্দগী ঈশীং শোক্লগা থক্কদবনি। মহাক নুংঙাইরবা য়ুম অমদা লৈগ-দবা নত্তে, চীঙদা লৈক্রোং অমা থিগদবনি অত্তুগা জীব খুদিংগী থম্মোইনুংদা লৈবা ভগবানবু পুরা শ্রদ্ধা তৌরগা উমংগী শা-কৈবু কিগদবা নত্তে। ভগবানা কৈনচিংবা জঙ্গলগী শাশিংদা মাগী ভক্তবু ওৎকনু হায়না য়াথংলিবনি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্যগী মহৎ-ভক্ত হরিদাস ঠাকুর গুহা অমদা লৈরম্মী; অত্তুগা তাঙ্গা অমদগী ছু-চেনবা লিল অমা মহাক্কা গুহানুংদা লৈমিন্নরম্মী। ঠাকুর হরিদাসগী মনাক্তা লাকপা মীশিংনা লিল অত্তুবু কিরম্মী, অত্তুনা ঠাকুরবু মফম অমদা হোংদোক্লবা হায়রম্মী। মাগী ভক্তশিংত্তুনা লিলত্তুবু কির-বস্থু নিতিগী ঠাকুববু দর্শন তৌবা লাক্লম্বা মবম্না মখোয়গীদমক হায়ত্তুনা ঠাকুর হরিদাসনা মখোয়গী রাত্তু ইনগে হায়না য়ারম্মী। রাফমত্তু হেক য়ানখিবা পুঙফম্মক্তদা লিল অত্তুনা গুহানুংদগী লৈরম্নিবা মীয়ামত্তুগী মমাঙদা চৎথোকখি। লিলত্তুগী থম্মোইনুংদা লৈরিবা ভগবান্দুনা তৌরকপা য়াথংনা লিলত্তুনা হরিদাসগী-দমক হায়ত্তুনা মফমত্তু থাদোক্লগে মাবু ওৎলরোই হায়না পুক্নীং লেপখি। হরিদাস ঠাকুরগুম্বা তশেংবা ভক্তবু ভগবান্না করম্না ঙাকশেল্লি হায়বগী খুদম চংচংবা অমনি হায়রিবা রাসি। সনাতন ধর্ম্মগী নিয়ম মত্তুং ইন্না মফম মতম পুম্বদা ভগবানদা নির্ভর তৌগদবনি হায়বসি হেক হৌবদগী শিক্ষা পীরিবনি। সন্ন্যাস ধর্ম্মগী লম্বাসি মপুঙফানা গুণ চেন্নবা অত্তুগা য়ান্না পবিত্র ওইনা লৈরবা মীতাদগীনি হায়। ফাওম মতা-সিবু শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা (১৬।৫) দৈবী সম্পৎ (লাইরম্লেনগী ওইবা লন) হায়না কৌয়ি। মীপুম খুদিংবু দৈবী সম্পৎ অসি চেন্নবা হোৎনৌ হায়না পাউমেল্লি, নৎত্রগদি আসুরী সম্পৎ হায়বত্তুনা কাহেন্না মাবু লাকৃথুগনি অত্তুগা মায়িক সংসারগী লাংদা অৱাবা মৈচাক নমত্তুনা ফংহনগনি। সন্ন্যাসীদি মথন্তমক লৈগ-দবনি, কনামতা লোয়নবোইদৌবনি, অত্তুগা মহাক কিরে'ইদৌবনি। মহাক মথন্তা লৈরদা কিবোইদৌবনি, তৌবগীদি মহাক কদৌঙৈদস্থু মথন্তমক লৈগন্দে। ভগবান্না মীপুম খুদিংগী থম্মোইনুংদা লৈরিবস্নি; শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মদা মছাবু পবিত্র ওইহনদ্রবদি মহাক্না লৈবসি মথন্তনি হায়না খনবা যাই। সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈবা মী অমনা হায়রিবা নিয়মদা পবিত্র ওইবা তাবান, অত্তুদদা মফম খুদিংদা ভগবান্ লৈ হায়না অনুভব তৌগনি। অত্তুগা (সঙ্গ অমতা য়াওদ্রবস্থু) কিদবা ঙমগনি। মীপুম খুদিংমক আশ্রম খুদিংদা তৌগদবা মথৌ পাঙথোক্তুনা পবিত্র ওইবা ঙম্নবদি কিদবা অমস্তুং পুকচেল শেংবা মী ওইবা ঙমগনি। বেদগী পাউ-তাকশিংবু থাজবগা লোয়ননা নাকোঙনা লৌশল্লবা অত্তুগা বেদ-জ্ঞানগী সারাংশবু (মচিবু) মুন্না খঙলগা ভগবৎ সেবা তৌরবদি মী খুদিংমক মাগী তৌগদবা মথৌদা খোঙফম হোংদবা ঙমগনি।

শ্লোক ৬

**এবং স্বচিত্তে স্বত এব সিদ্ধ আত্মা প্রিয়োঽর্থো ভগবাননন্তঃ।**
**তং নির্বৃতো নিয়তার্থো ভজেত সংসারহেতুপরমশ্চ যত্র ॥ ৬॥**

এবম্—অসুম্না, স্বচিত্তে—কনাগুম্বগী মথম্মোইদা; স্বতঃ—ভগবান্‌গী পুঙঙ-ওম্বা গুণ্না; এব—লেপ্পমক; সিদ্ধঃ—ওইরবা; আত্মা—পরমাত্মা; প্রিয়ঃ—য়ান্না নুংশিবা; অর্থঃ—পোৎ; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; অনন্তঃ—ঙমখৈনাইদবা; তম্—ভগবান্ মঙোন্দা; নির্বৃতঃ—সংসারদগী হন্দোক্লবা; নিয়ত—মতমপুম্বগী ওইবা; অর্থঃ—পরম ওইবা কান্নবা; ভজেত—ভজন তৌগদবনি; সংসারহেতু-সংসারদা লৈখা তাবগী মরম; উপরমঃ-তোকপা, লেপ্পা; চ—লেপ্পমক; যত্র—মদুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মী অমনা লেপ্লবদা, মাগী থম্মোইদা স্বতঃসিদ্ধ ওইনা লৈববা পরমাত্মাদা মহাক্কা ভজন তৌগদবনি। পরমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবান্নি, মতম পূম্বদা লেংদবা অমদি ওমখৈ-নাইদবনি হায়বা মরম্না ভগবান মহাক্কা ঐখোয়গী পুন্সিগী সাধ্যনি (অতয়্নফম্নি), অমসুং ভগবান্ মাবু ভজন তৌরগা ঐখোয়না সংসারগী অফা-অপুন অসি থম্হন্বা ঙমগনি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভগবদগীতানা হায়বা মতুং ইন্না (১৮/৬১) পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মফম পুন্নমক্তা শীঙ্গংনা লৈবা পরমাত্মানি। মরমসিনা যোগী ওইবা মীনা মহাক্কবু ভজন তৌবা ঙম্মী মরমদি মহাক অদো সার (মচি) ওইবা বস্তুনি, মতৌ মান্বা ওইদবা (মায়া) নত্তে। জীব খুদিংমক করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমগী সেবা তৌরিবা ঙাক্নি। জীবগী স্বরূপকী ওইবা থবক্তি সেবানি অদুবু মায়ালাংদা থুবনা জীবনা মায়াবু সেবা তৌগদবগী থি। মায়া-লাংদা থুরবা মীনা মাগী হকচাঙগী, হকচাঙগা মরী লৈনরিবা মতু-মচা অমদি হকচাঙ অমসুং হকচাঙগা মরী লৈনরিবা মখোয়শিংগী চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিং হায়বদি যুম হিংখোল, লন্, সমাজ অমসুং দেশনচিংবগী সেবাদা থবক তৌই। অদুবু তৌরিবা সেবা ময়ামদু ওইদবা ঙাক্নি মায়া ঙাক্নি হায়বা মহাক্কা খঙদে। ঐখোয়না কয়ারক হন্না নৈনপ্রবনি, প্রাকৃত জগৎ অসিনক মরুভূমিগী মরীচিকাগুম্বা ওইদবা মায়ানি হায়না। মরুভূমিদা (লৈঙোই লম লৈকংলাদা) ঈশীং মান্বা পোৎশক থমা উবা ফংঙী। অপঙবা শা-শন্শিংনা ওইদবা পোৎশক অদুগী লাংদা থুই অদুগা মরুভূমিদুদা ঈশীং লৈত-লৈতনা মখোয়না ঈশীংগী মায়গৈ তম্লিবনি হায়দুনা পঙচেল চেনশঙ্গী। অদুবু মরুভূমিদা ঈশীং লৈত্রগা ঈশীং হায়বসি শূক্লে লৈতবা পোৎনি হায়বা য়াদে। জ্ঞানীনদি ঈশীং শোয়দনা লৈ, সাগর মহাসাগরশিংদা লৈ হায়বসি খঙঙী, অদুবু ঈতুংযমশিংসে মরুভূমিদগী য়াম্না লাপ্পা লৈ। মরমদুনা কনাগুম্বনা ঈশীং থিগে হায়রবদি সমুদ্রশিংগী মনাক্তা থিবা তাই মরুভূমিদা থিগদবা নত্তে। ঐখোয় খুদিংনা পুন্সিদা তশেংবা নুংঙাইবা হায়বদি মতম পূম্নমক্কী ওইবা (সৎ)পুন্সি, লেঙদবা (সৎ) হায়বদি ওমখৈ-নাইদবা (অসীম) জ্ঞান, অমদি লোইখম্বানাইদবা নুংঙাইবা পুন্সি অদু থিবি। অদুবু অপঙবশিংনা সারবস্তু করিনো খঙদবনা মায়া-লক্তা পুন্সিগী তশেংবা মশক করিনো হায়বদু থি। ঐখোয়গী প্রাকৃত দেহসি তুংকোইনা লৈতে, অদুগা তুংকোইদবা হকচাঙসিগা মরী লৈনবা পোৎ খুদিংমক হায়বদি মুপী, অঙাঙ, সমাজ অমসুং দেশশিংসি হক-চাঙগী অহোংবা (বিকার) লাকপগা লোয়ননা লোইনা হোংঙী। মসিবু সংসার হায়বদি পোকপা-শিবা হন্নরকপা-অনায়েক হন্না হন্না ওইবা হায়বদু কৌয়ি। পুন্সিগী সমস্যাশিংসি কোক্কবা পাম্বৈ অমা ঐখোয়না পাম্মী, অদুবু পাম্বৈদু খঙদে। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবা মদুদি পোকপা-শিবা-হন্নরকপদি অনায়েক হন্না ওইবা হায়বা পুন্সিগী অরা মৈচাকশিংসি লোইহন্গে হায়রবদি ভগবান্বুতবু ভজন তৌবা উপায়সি য়োংনা চু পায়বগুম পায়গদবনি, পরমেশ্বর ভগবান্ নত্তবা অতৈ অমবু ভজন তৌফদে। রাফমসি শ্রীমদ্ভগবদগীতানসু (১৮।৬৫) হায়রিবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী মায়াবদ্ধ পুন্সিসি লোইহন্বা পাম্দবু পাম্নবদি ভগবান্গী অংশ ওইবা জীবশিংবু মহোশানা নুংশিবদগী জীব খুদিংগী থম্মোইদা ঙাম্খোইরিবা ভগ-বান্ শ্রীকৃষ্ণবু (গীতা ১৮।৬১) ভজন-পূজন তৌদবা শূকয়া য়াদে। মমাগী মথাদা কোল্লিবা অঙাঙনা মমাদা আসক্ত ওই অদুগা মমানসু মচাদুদা আসক্ত ওই। অদুবু অঙাঙদুনা চাউশল্লক্লবদা অমসুং ফীভম্না য়াশল-লকত্রবদা মহাক মমাদা আসক্ত ওইরক্তে; তৌবগীবুদি মমাদুনা মাগী চাউরক্লবা মচাদুগী সেবা পাম্লবসু মচাদি অদুম আসক্ত ওইবা তোক্লকয়ি, অদুগা মচানা মমাবু কাউরবসু মমানদি অদুম নুংশিজে। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয় পূম্নমক ভগবান্গী অংশ ওাক্তনিনা ভগবান্না তত্তনা ঐখোয়বু নুংশিবি অমসুং মহাক্কা

ঐখোয়বু ঐখোয়গী ইরান্নাই ভগবান্ মাগী নাক্তা পুশনগদৌবগী তৎপা লৈতনা হোংনৈ। অদুবু মায়াবদ্ধ জীব ওইবা ঐখোয়না ভগবান্বু থৌশাদে, মদুগী মহুত্তা মায়াগী হকচাঙগা মরী লৈনরিবা মখোয়দুগীদুবু কোয়তান তান্নৈ। মরমদুনা ঐখোয়না জগত্তা লৈবিবা মায়াগী সম্বন্ধ পুম্নমক অসিদগী ঐখোয় ইছা ইছাবু লাম্মোরক্নবা তৌগদবনি অদুগা ভগবান্না চরম সত্য হায়বদু ওইবনিনা মতোন্দা সেবা তৌনবা হোৎনদুনা মহাক্তা অমূক তিম্নরুনবা মরম থিবা তাই। তশেংবমক, অঙাঙনা মমা থিবগুম্না ঐখোয়না ভগবান্বু থিরিবনি। ভগবান্বু থিবগীদমক মফম অতোপ্পদা চৎকদবা নত্তে, ভগবান্দি ঐখোয়গী থম্মোই লকান্থুংদা লৈরিবনি। অদুবু মসি হায় হায়দুনা ঐখোয়গী লাইনীংফম হায়বদি মন্দির, মসজিদ্ অমদি গীর্জাদা চৎকন্নু হায়বা নত্তে। অসিগুম্বা লাইনীংফমসিংসু ভগবান্না লৈরিবনি মরমদি ভগবান্দি সর্ব্বব্যাপীনি। মীচমশিংগীদি লাইফমশিংসি ভগবৎ-তত্ত্ব থিবগী কেন্দ্রনি। মন্দিরশিংসিদা থবক লেপ্পবদি মী লাক্নীংদে; মরমদুনা মী অয়াম্বা অসুম অসুম ঈশ্বর য়ানীংদবা ওইশল্লকয়ি অদুগা ঈশ্বর য়াওদবা সভ্যতা অমা থোরকয়ি। অসিগুম্বা নরক্কী মশক ওইবা সভ্যতানা পুন্সি লেনবগী ফীভম মশীং খূৎশেমগী পাম্বৈনা হেক্কৎহল্লি অদুগা মী খূদিংমক হিংবা ঙমশল্লক্তে। ঈশ্বর য়াওদনা সভ্যতাগী অপঙবা নেতাশিংনা জডবাদগী মার্কা অমা থাবগা ঈশ্বর য়াওদবা জগৎতা শান্তি অমসুং চাউথৎপা পুরক্কনি থৌরাং কয়ামা পুথোকয়ি, হোৎনরিবা পুম্নমকসে মায়াগী ঙাক্তনিনা (অওই মান্বা ওইদবা ঙাক্তিনা) প্রজা মীয়াম্না মতীক চাদবা মমীৎ তাঙবা, অরাবাকোৎহন-ঙমদবা নেতাশিংবু মীখন্দা খল্লৎলি। ঈশ্বর য়াওদবা সভ্যতাসিগী মথোঙ-মরম খঙদবসি তোকহনগে হায়ববদি শ্রীমদ্ভাগবতমগুম্বা বৈদিক সাহিত্যনা তাকপা নিয়ম ইনগদবনি অমসুং সংসারগী শইবা পোৎ অমতা পামদ্রবা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীগুম্বা মী অমগী পাউতাক ইনগদবনি।

শ্লোক ৭

**কস্তাং ত্বনাদৃত্য পরানুচিন্তামৃতে পশূনসতীং নাম কুর্য্যাৎ।**
**পশ্যন্ জনং পতিতং বৈতরণ্যাং স্বকর্ম্মজান্ পরিতাপান্ জুষাণম্ ॥৭॥**

কঃ—কনানা; তাম্ মদুবু; তু—তৌইগুম্বসুং; অনাদৃত্য—থওইবিদদুনা, পর-অনুচিন্তাম—পরমার্থগী চিন্তা, ঋতে—নত্তনা; পশূন্ সংসারী; অসতীম—তুংকোইদবা; নাম—মিং; কুর্য্যাৎ—লৌগনি, পশ্যন্—উবগা; জনম্ -মীয়াম, পতিতম—তাবা, বৈতরণ্যাম্—অরাবগী তুরেন বৈতরণীদা; স্বকর্ম্মজান্—মা-মাগী তৌজমন; পরিতাপান্—অরামৈচাক; জুষাণম্—নংলবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী ময়াম্বু মা-মাগী তৌজমন্ ওইনা অরাবগী তুরেন বৈতরণীদা তাবদু উরুরগা ঘোব সংসারী নত্তবা কনানবু অসিগুম্বা পরমার্থগী রাখলশিংবু থৌশাদদুনা তুংকোইদবা মিংশিংদু লৌগনি?

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবানবু লংশেক্লগা দেবতাশিংদা আসক্ত ওইবা মীতাশিংদো শা-শেন্নবনা শাহাৎশঙদা হোইরিবা শা-শিংগুম্বনি হায়না বেদশিংদা হায়রি। শাশিংগুম্না ঘোব সংসারীশিংসু পরমেশ্বর ভগবানগী রাখল থৌশাদ্রগা মখোয়বু করম্না শেরান্ননা হোইরি হায়বদু খঙদে। কনামতনা রাখল খন্দবমখৈ লৈবা ঙমদে। রাখল-খন্দবা থোপ-তি শয়তানগী কারখানানি হায়নৈ মরমদি রাখল চুম্না খন্বা ঙমদবা মীদি মাগী মাঙ-তাক্নবা রাখলদমক খন্বা শোয়দবনি। ভগবদ্গীতানা য়াত্রবসু (৭।২০) সংসারীশিংনা দেবতাশিংবু (লাইনাওশিংবু) মতম পুম্বদা লাংলি। মূর্খান্বগী ওইবা লম্তুম্না শুমহৎলিবমখৈ অদুগুম্না শুমহৎলবা মীতানা দেবতা দেবতাদুদগী করিগুম্বা অমা যৎননবা হায়দুনা দেবতাদুবু খুরুমজে, অদুগা মানা যংগে হায়রিবা পোৎ অদুদি ওইদবা অদুগা তুংসু কোইদবনি। জ্ঞানতাবা পরমার্থীদুদি অসিগুম্বা ওইদবা পোৎনা শুমহৎপা ঙমদে,

মরমত্বুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক ভগবান্গী মরমদা খন্দুনদা লৈ; ভগবানবু খন্বগী মতাও তোঙাল্তোঙাল্লী মত্বুদি ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমস্যুং ভগবান্। মমাঙগী শ্লোক অত্বুদা পরমাত্মাবু খন্গদবনি হায়গ্রে, মত্বুনা নির্বিশেষ ব্রহ্মবু খন্বদগী রাংবা হেল্লী; মত্বুগী রাত্বু পরমেশ্বর ভগবান্গী বিরাট-রূপ খন্বগী মতাঙদা হায়গ্রবা রানি।

মুন্না উবা ঙস্না জ্ঞান-লৈবা মীতাশিংনা যোনি ৮৪,০০,০০০ (লক্ষা মরিফুমরি) গী চক্রদা অত্বুগা মীও-ইপোক্পী কাঙলুপ মখল মখন্দা পোক্নুনা কোয়চং চংলিবা জীবশিংগী সাধারণ অবস্থাত্বু মুন্না য়েংশনগদবনি। যমরাজগী লৈপাক চঙলমদাইদা বৈতরণী তুরেল কৌবা মতম পুম্নমক্পী ওইবা ঈত্বুংকম অমা লৈ; যমরাজনা পাপীশিংবু মখল মখলগী শাস্তি পী। অস্নুন্না শাস্তি পীরবা তুংদা জীবত্বুনা হান্নগী মপোক্তা তৌরকপা কর্ম্মগী মমল ওইনা মত্বুগা চুনগদবা মপোক অমদা পোকহল্লী। যমরাজনা শাস্তি পীরবা অসিগুম্বা জীববু মায়াবদ্ধ জীবনগী মখল-মথেন্দা উবা ফংঙী। মখোয় খরনা স্বর্গদা অত্বুগা খরা অমনা নরক লমদা লৈ। মখোয় খরনা ব্রাহ্মণ ঙাক্তি অত্বুগা খরনা অরীকপা মীনি। অত্বুবু মায়া-জগৎসিদা কনামতা হুংঙাইবা য়াওদে। মখোয় লোইনমক মা মাগী কর্ম্ম তুংইন্না অরাফম ফংবা ক, খ, গ, শ্রেণীগী বন্দী ঙাক্তনি। ভগবান্দি জীবশিংনা অরাবা ফংলিবসিগী মরমদা মীচঙ-মীখাই নাইদে, অত্বুবু মাগী খুয়াথম্বান্দা চঙজবা মীত্বুবুদি ভগবান্না ঙাকপী-শেনবী অত্বুগা মহাক্না অত্বুগুম্বা জীববু মনাক্তা হন্না লোশনবী।

শ্লোক ৮

**কেচিৎ স্বদেহান্তর্হৃদয়াবকাশে প্রাদেশমাত্রং পুরুষং বসন্তম্।**
**চতুর্ভুজং কঞ্জরথাঙ্গশঙ্খ গদাধরং ধারণয়া স্মরন্তি ॥ ৮ ॥**

কেচিৎ - কনামনা' স্ব দেহ-অন্তঃ- মচামক্পী হকচাঙ-ন্নুংদা; হৃদয়-অবকাশে- -থম্মোইন্নুংদা, প্রাদেশমাত্রম্- ইঞ্চি-নীপাল্লোমদম্ রাংবা; পুরুষম্- পরমেশ্বর ভগবানবু; বসন্তম্ লৈরিবা; চতুর্ভুজম্ খুৎ মরী লোঙবা; কঞ্জ থম্বাল; রথ-অঙ্গ কাংখোঙ, চক্র; শঙ্খ মোইবুং; গদা ধরম্ খুত্তা গদা পাযবা; ধারণয়া ---অত্বুন্না খন্দুনা; স্মরন্তি নীংশীঙঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনা কনানা হকচাঙনুংদা থম্মোই লকাদা লৈবা, খুৎ মরী লোঙবা, শঙ্খ, চক্র, থম্বাল অমসুং গদা পায়বা ইঞ্চি নীপাল রাংবা পরমেশ্বর ভগবানবু খল্লগা নীংশীঙঙি।

নৈনবোল

মফম পুম্বা শিন্দুংলিবা পরমেশ্বর ভগবান্না জীব খুদিংগী থম্মোইন্নুংদা পরমাত্মা হায়না লৈ। পরমাত্মানা রাংবসি খুনিংথোদগী খুবী ফাওবা হায়বদি ছই অমনি, ইঞ্চিরোমদা হায়রগা ইঞ্চি নীপাল্লোম ওইবা য়াই। শ্লোকসিদা বর্ণন তৌরিবা ভগবান্গী মূর্ত্তি য়েংবী খা-থংবা খুত্তগী হৌরগা ওইগী খা-থংবা খুত্তা পায়রিবা চিহ্ন মখল হায়বদি থম্বাল, চক্র, শঙ্খ অমসুং গদাগী মূর্ত্তি অসিবু জনার্দন হায়বদি মীয়াম্বু নিয়ন্ত্রণ তৌরিবা ভগবান্গী অংশ কৌয়ি। হায়রিবা চিহ্নশিংসি পায়বদা মফম খেন্নবা জাত্তাগী মূর্ত্তি অতৈ কয়ামসু ভগবান্গী লৈ। মখোয়ত্বু তোঙান-তোঙানবা মিংদাদা খঙনৈ, মত্বুদি পুরুষোত্তম, অচ্যুত, নরসিংহ, ত্রিবিক্রম, হৃষিকেশ, কেশব, মাধব, অনিরুদ্ধ, প্রদ্যুম্ন, সঙ্কর্ষণ, শ্রীধর, বাসুদেব, দামোদর; জনার্দ্দন, নারায়ণ, হরি, পদ্মনাভ,বামন, মধুসূদন, গোবিন্দ, কৃষ্ণ, বিষ্ণুমূর্ত্তি, অধোক্ষজ অমসুং উপেন্দ্র। পরমেশ্বর ভগবান্গী মূর্ত্তি ২৪ অসি ব্রহ্মাণ্ডগী তোঙান তোঙানবা লোকশিংদা ইড়াংনৈ। পরব্যোম (*spiritual sky*) হায়বত্বুদা লৈবা বৈকুণ্ঠ লোক অমমম্দা ভগবান্গী অবতার অমমম লৈ। অত্বুগা ভগবান্গী অতৈ মূর্ত্তি লীশীং-লীশীংসু লৈ; মখোয় খুদিংগী পরব্যোমদা লোক অমমম লৈ। পরব্যোমসিগী মচেৎ অমনা প্রাকৃত

আকাশ (*material sky*) ওইখিবনি। ভগবান্না পুরুষ হায়বদি মুপা ওইবা ভোক্তা ওইনা লৈ, তৌবগী-বুদি প্রাকৃত জগৎসিদা লৈবা মুপা অমগা ভগবান্‌গা চাংদম্নবা য়াদে। অদুগা মূর্তিশিংসি অদ্বৈত হায়বদি অমনা অমদগী খেন্নদবা ওাক্তুনি, অদুগা মখোয় খ্বদিংমক নিত্যকিশোর (মতম পুম্বদা নহা ওইবা) ওাক্লি। খ্বৎ মরি লোওবা কিশোর ভগবান্ অসি ফজনা লৈতেংবনি। মতু মখাগী শ্লোক অসিদা য়েক্লি।

শ্লোক ৯

**প্রসন্নবক্ত্রং নলিনায়তেক্ষণং কদম্বকিঞ্জল্কপিশঙ্গবাসসম্।**
**লসন্মহারত্নহিরণ্ময়াঙ্গদং স্ফুরন্মহারত্নকিরীটকুণ্ডলম্ ॥ ৯ ॥**

প্রসন্ন—হরাওবা; বক্ত্রম্—চীন, মায়থোঙ; নলিন-আয়ত—থম্বানগী মনাগুম লাওবা; ঈক্ষণম্—মীৎ; কদম্ব—কদম মপান; কিঞ্জল্ক—জাফরান; পিশঙ্গ—নাপু; বাসসম্—ফীজোল; লসৎ—য়াম্ববা; মহারত্ন—মমল য়াম্না রত্ন; হিরণ্ময়—সনাগী; অঙ্গদম্—লৈতেং; স্ফুরৎ—লংনা ওান্বা; মহারত্ন—মমল য়াম্না রত্ন; কিরীট—লুহূপ. কুণ্ডলম্—নাইন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মায়থোঙদি হরাওবা মায়থোঙনি। মাগী মীৎ অনীদু থম্বানগী মনাগুম লাওয়ি। মহাক্কী ফীজোল্লা কদমগী মপান্‌গুম নাপু মচুনি অদুগা মমল য়াম্নবা রত্নশিংনা লৈতেংওি। মাগী লীক-কোনশিংনা সনাগী ওাক্লি, অদুদা অমুক মমল য়াম্নবা রত্ন মণি ওাক্তুনা হৎপনি। লংত্রিক লংনা ওান্নবা লুহূপ অদুগা কুণ্ডল নাইন থোল্লি।

শ্লোক ১০

**উন্নিদ্রহৃৎপঙ্কজকর্ণিকালয়ে যোগেশ্বরাস্থাপিতপাদপল্লবম্।**
**শ্রীলক্ষণং কৌস্তুভরত্নকন্ধরমম্লানলক্ষ্ম্যা বনমালয়াচিতম্ ॥ ১০ ॥**

উন্নিদ্র—শাৎকায়ববা; হৃৎ—থম্মোই; পঙ্কজ—থম্বাল; কর্ণিকা-আলয়ে—অউম্বদা; যোগেশ্বর—যোগী অথোয়বা; আস্থাপিত—থম্লিবা; পাদ-পল্লবম্—খোঙ-থম্বাল; শ্রী—লক্ষ্মী নৎত্রগা ফজববা শন্নাও; লক্ষণম্ খ্বদম্নববা; কৌস্তুভ—কৌস্তুভ মণি; রত্ন—অতৈ রত্নশিং; কন্ধরম—লেংবান্দা; অম্লান্—তদেক তদেকপা, মন্দবা; লক্ষ্ম্যা—ফজবা; বনমালয়া—লৈপরেংনা; আচিতম্—শন্না কূপলিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী মখোঙ থম্বান্দি মহাযোগীশিংগী থম্বাল মান্বা থমোই লাইযুমদা থম্মী। মথবাক্তা ফজরবা শন্নাও য়েকপা কৌস্তুভ মণিনা লৈতেংওি, অদুগা মরেংবান্দা রত্ন অতৈনা লৈতেংওি। ওক্তুগী থ্বাঙ ফাওবা মচা পুম্বদো তদেক-তদেকপা লৈগী পরে না শন্না লৈতেংওি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌গী দিবা দেহদা থোল্লম্বা লীক-কোনশিং, লৈরাংশিং, ফীরোম্নচিংবা লৈতেং পুম্নমক ভগবান্‌গী দেহগা অমতনি। মখোয়দু প্রাকৃত ওইবা পোৎচাক্লা শাবা অমতা নত্তে; অদু নৎত্রগদি মখোয়না ভগবান্‌গী অঙ্গবু ফজহনবা ওম্বা নত্তে। মতৌ অসুম্না পরব্যোমদদি দিব্য ওইবা পোৎকী মখল-মথেল-শিংদু প্রাকৃত ওইবা মখল মথেন্দগী খেন্নে।

শ্লোক ১১

**বিভূষিতং মেখলয়াঙ্গুলীয়কৈর্মহাধনৈর্নূপুরকঙ্কণাদিভিঃ।**
**স্নিগ্ধামলাকুঞ্চিতনীলকুন্তলৈর্বিরোচমানাননহাসপেশলম্ ॥১১ ॥**

বিভূষিতম্— ফজনা লৈতেংলবা; মেখলয়া—লৈতেংগী খ্বাংলী; অঙ্গুলীয়কৈঃ—খুদোপশিংনা; মহার্ধনৈঃ—মমল য়াম্বা; নূপুর—নূপুর; কঙ্কণ-আদিভিঃ—খুজিশিংনা; স্নিগ্ধ—লেক্-লেক্ লাউবা; অমল—মোত্তবা; আকুঞ্চিত—খোয়খোয়বা; নীল—মুরৈনবা; কুন্তলৈঃ—শম্নাংনা; বিরোচমান—পেন্নজাই ওইবা; আনন—মায়থোঙ; হাস—নোকপা; পেশলম্—ফজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখাঙদা লৈতেংগী খ্বাংলীনা লৈতেংঙি; মমল-য়াম্বা খুদোপ থোল্লি। মহাক্কী নূপুর, খুজি, থাওনা লেক্-লেক্ লাউরবা মুরৈননা খোয়খোয়বা শম্নাং অদুগা মোমোন্ নোকপা মায়থোঙ লোইনমক পুক্নীং হুনবগী মশক্নি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি ময়াম অতৈগী মরক্তা খ্বাইদগী ফজবা পুরুষনি (নুপানি)। মহাক্কী দিব্য ওইবা ফজবনা পুক্নীং হুববা অঙ্গ (কায়াৎ) খুদিংমক মথঙ মথঙ ওইনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা বর্ণন তৌবি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্দি উপাসনা তৌনবগীদমক রাখল্লা পওশা শাগৎপা নত্তে, তশেংনা বিগ্রহ মৃত্তিদা লৈবা; পরম পুরুষনি হায়বা রাকমসি নিরাকারবাদীশিংদা তাকপীনবগীদমক্নি। নির্বিশেষ ব্রহ্ম ওইবা শক্তি নুমীৎকি মঙাল মশেকুম্না ভগবান্গী বিগ্রহদগী থোরকপা মঙাল্নি।

শ্লোক ১২

**অদীনলীলাহসিতেক্ষণোল্লসদ্ ভ্রূভঙ্গসংসূচিতভূর্যনুগ্রহম্ ।**
**ঈক্ষেত চিন্তাময়মেনমীশ্বরং যাবন্মনো ধারণয়াবতিষ্ঠতে ॥ ১২ ॥**

অদীন—পুকচেন্ চাওবা; লীলা—লীলা; হসিত—নোকিবা; ঈক্ষণঃ—য়েংহুনা; উল্লসৎ—লংথ্রিক লংবা; ভ্রূ-ভঙ্গ—পীশূনগী ইঙ্গিত; সংসূচিত—উৎলিবা; ভূরি—য়াম্লবা; অনুগ্রহম্—চানবা; ঈক্ষেত—মন্না য়েংশনগদবনি, চিন্তাময়ম্—প্রাকৃত নত্তবা; এনম্—অসি; ঈশ্বরম্—ঈশ্বর; যাবৎ—মতম অদুক্কী মথৈ; মন, পুক্নীং; ধারণয়া—ধ্যান্না; অবতিষ্ঠতে—লেঙদবা য়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী পুকচেন চাউবা উৎনবা লীলাশিং অমসুং মহাক্কী মোমোন্ নোকপা মায়থোঙগী লংনা য়েংথোরকপা মীৎয়েংনা মাগী চানবী হৈবগী খুদম্নি। মরমদুনা ভগবান্গী দিব্য মূর্ত্তি অসিবু পুক্নীংনা ধ্যান তৌদুনা মাবু খনবা ঙম্লিবমথৈ ধ্যান তৌগদবনি।

নৈনরোল

নিরাকারবাদী অমনা নির্বিশেষ ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবদা অরাবা কোঙ্গায় থেংনৈ হায়বগী রা শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতাদা হায়রি (১২।৫)। অদুবু ভক্তদি ভগবান্গী ব্যক্ত মূর্ত্তিবু উপাসনা তৌবনিনা য়াম্না লায়না মাগী সাধন অদু চৎথৈ। নির্বিশেষ ধ্যানদি নির্বিশেষবাদীগী অরাবগী মশক্নি। অদুনা ভক্তনা নির্বিশেষবাদীদগী খুদোংচাবা হেন্না যংহৈ। নির্বিশেষবাদীদি ভগবান্গী মূর্ত্তিগী মরমদা চিংনৈ, মরমদুনা মহাক্না পোৎশকনাইদবা করিনো অমবু ধ্যান তৌনবা মতম পুম্নমক হোৎনৈ। মরমসিনা ভগবানগী তশেংনা লৈবা বিগ্রহ-মূর্ত্তিদু ধ্যান তৌ হায়না ভাগবত-না তশেংনা হায়রিবনি।

মফমসিদা তৌ হায়রিবা ধ্যানগী মতৌ অসি ভক্তিযোগনি হায়বদি মায়ালাংদগী লাপ্থোক্লবা মতুংদা ভক্তি চৎপা হায়বনি। জ্ঞানযোগনা মায়া লাংদগী থোরক্লবা সাধন হায়বদুনি। য়ুগ্যান-কৈবানবগী লাং পুম্নমক্কী লানথোরক্লবা মতুংদা হায়বদি, মথক্তা পনখিবগুম্না, কনাগুম্না নিবৃত্ত ওইরবা মতমদা মহাক

ভক্তিযোগগী সাধন তৌবগী মতীকচাবা হায়বন্থু ওইগনি। মরমসিনা ভক্তিযোগগী মনুংদা জ্ঞানযোগ চল্লে, অমরোমদা হায়রগনা শুদ্ধভক্তিযোগগী সাধনদি মতম অমতদা জ্ঞানযোগগা পুন্না চৎথরে। মায়া-লাংদগী নাম্থোকপা হায়রন্থুদি শুদ্ধভক্তিনা অস্থুম ওইখৎলকপগা লোয়নননা মশা মথন্তন ওইজরক্কনি। ভক্তিযোগ চৎপদগী ওইরিবা মলশিং অসিবু 'অনর্থ-নিবৃত্তি' (কান্নদবা কোকপা) কৌই। খুৎশেন্না তাল্লুবা পোৎ লোইনমক ভক্তিযোগগী চাওখৎলকপগা লোয়ন-লোয়নননা মথঙ মথঙ মাঙথরকই। পরমেশ্বর ভগবানগী খোঙ-থম্বানবু ধ্যান তৌবা হায়বা ভক্তিযোগগী অহানবা খোঙথাং অসিনা মাগী অনর্থনিবৃত্তি হায়বা ফল অসি উৎলকই। খ্বাইদগী হেন্না পোবা অনর্থ মায়াবদ্ধ জীববু পুল্লিবন্থুদি নুপী নুপা পাদোঙনীংবা (যৌন-বাসনা) অসিনি। পাদোনীংবসি নুপাগা নুপীগা তিন্ননা লৈমিন্নরবদা অস্থুম অস্থুম হেনগৎলকই। নুপা-নুপী অনীনা পুন্না লৈবক্লবা মতমদা যুম-কৈ, মচা-মশু, মরূপ মপাঙ, শাগৈ নাতৈ অদুগা শেন-থুম লৈখৎলক-পগা লোযনননা পাদোঙনীংবসে অমুক হেক্কৎলকই। হায়রিবশিংসি যংলবা কাল অদুদা লাং ময়ামসিনা মাযাবদ্ধ জীববু লাকথুরকই। অহঙ্কারগী ওইদবা ভাব হায়বদি 'ঐমক, ঐমকপু অমস্থুং ঐগী' হায়বা ভাব অদু যন চোংথোরবই অদুগা যৌন বাসনাদু পাকথোক্লকুন। রাজনীতিগী, সমাজগী, পরার্থবাদগী (অতোপ্পগী যেংবা হাযবন্থুগী), বিশ্বপ্রেমগী মায়কৈ তানখৎলকই; মরম ময়ামসি অমুক কা অমুক তাক শান্নবিবা সমাদগী কোঙ্গোনগুম্না অক। অকুম শান্নে অমস্থুং নোংদোনথত্তা পাইবা মোংগুম খংমাঙ মাঙডী। জ়াববু যৌনবাসনাদগী থোবকপা মবম ময়ামসিনা কোয়শল্লি, অদুগা ভক্তিযোগনা যৌনবাসনাবু অস্থুম অস্থুম মনিন মাঙবদোনা মাঙহল্লী। যৌনবাসনাসি শম্পৎনা মমিং অহুম থোক্লা থোনবা য়াই, মতুদি লাভ (অতোনবা), সম্মান (ইকায়থুম্নবা), অদুগা যশ (মিংচৎ)। মায়াবদ্ধ জীব পূম্নমক যৌনবাসনাগী মওং মথল-শিংসি মংনবা তাঙদুনা চেন্নে। ঐখোয় খুদিংনা য়েংগদবদি যৌন-বাসনা-না যুক্ফম-ওইবা মায়িক বাসনা (অপাম্বা) ময়ামসিদগী নাম্থোকপা কযামুক শুন্নবগে হাযবসিনি। মী অমনা মাগী চালুক্কী চথোম অমমম ওইনা তুক্লগা মহাক্কী অবাম্বদু কযা যাম্না কোল্লবগে হায়বা খঙবগুম্না মহাক যৌনবাসনাদগী নাম্থোক্লকপগী চাংদাদো খঙবা ঙমগনি। যৌনবাসনাদি মাগী মওং অতৈ অতৈগা লোযনননা ভক্তিযোগ চৎলগা মাঙথরকই মবমদি ভগবানগী কৃপানা ভক্তিযোগগী মল জ্ঞান অমস্থুং বৈরাগ্য অনীসি পোক্লকই, ভক্তদুনা অদুক হাক্লা শিক্ষা-মংদবা মী ওইরবস্থু। জ্ঞান (খঙবা) হাযবসি পোৎ অমনা ওইবা মশক অশেঙবন্থুবু খঙবন্থুনি, করি-গুম্বা খম্বরগা কান্নদবা পোৎ ময়াম লৈ হাযবা খঙলগাদি জ্ঞান লৈবা মীতানা অদুগুম্বা কান্নদবা পোৎশিংবু অদুম হুন্দোকপদি হৌনশানি। মায়াবদ্ধ জীবনা জ্ঞান চর্চ্চা (নৈনবা) তৌবগা প্রাকৃত ওইবা পোত্তা চঙদবা য়াদে হায়রিবশিংসি কান্নদবা ভাক্রি হায়না খঙলকপা মতমদা অদুগুম্বা পোত্তাশিংদুদা মথৱাই হাপ্লক্তে। জ্ঞানগী (খঙলকপগী) মতাঙ অসিবু বৈরাগ্য হায়বদি কান্নদবা পোত্তাবু পামলুদবা হায়না কৌই। ঐখোয়না হান্ননা নৈনখ্রে মতুদি পরমার্থী অমনা চাব শেংপগীদমক মথন্তনা ওক্লবা থোরাজগদবনি, মীৎতাঙবা শেন পাযবা মীদগী মাগী চঙদবা য়াদবা পোৎশিংদু নিবরোইদোবনি। শুকদেব গোস্বামীনা চাবগী, শেৎপগী অমস্থুং লৈফমগী মতাঙ চঙদবা য়াদবা হিংনবা পাদৈগী মতুৎ খবা তাক্লম্মী, অদুগা যৌন বাসনা থুংননবগী মতুংতি তাক্লমদে। যৌনবাসনা লৈম্নিৈমখৈদি কনাগুম্বা অমতনা সন্ন্যাস লৌনবা হোৎনরোইদোবনি। হায়রিবা থাক মতাংসি য়ৌগ্রিবমখৈদি সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙবগী রা শুপোক পোকপা য়াদে। মরমদুনা মতীক চাদা গুরু অমগী মনাত্তা চঙলগা ভক্তিযোগ সাধন তত্তনা তৌথবগা অমস্থুং ভাগবতম্গী পাউতাক ইন্দুনা চৎলগা সন্ন্যাস লৌগ্রিদৈগী মমাঙদা যৌনবাসনা (পাদোঙনীংবা) হায়বদু খুদুম চন্নবদদি ঙমদবা য়াদে।

শুদ্ধি হায়বদি শেংবা হায়বসি অস্থুম অস্থুম তৌদুনা পাদোঙনীংবদগী নাম্থোরকপা হায়বনি। মসি ওইবদি ভগবানগী খোঙদগী হৌরগা মকমসিদা বর্ণন তৌবিবা রূপ অদুবু ধ্যান তৌরগদা ওইগদবনি। কনাগুম্বা অমতনা মছাদু পাদোঙনীংবা তোক্নীংবদু কয়ামুক য়ৌরবগে খঙদ্রবদি আ মথক রাংনা কাখৎনবা

হোৎনফদে। ভগবানগী মোমোন্ নোকপা মনোক্তি শ্রীমদ্ভাগবতমগী তরাশুবা স্কন্ধতুনি। কনা কনাগুম্বনা তরাশুবা স্কন্ধনা হান্না হৌগদবগী হোৎনৈ, করিগুম্বদা খোইদোক হেন্দোক্না ভগবানগী রাস লীলাগী অধ্যায় মখাতুনা ইহান হান্না হৌগদবগী হোৎনৈ। মসুম তৌবসি চুমদে। মতৌ অসুম্না চুমদবা মওংদা ভাগবতমবু নৈনরগা নৎত্রগা শ্রবণ তৌরগা জড়বাদকী সুবিধাবাদীশিংনা ভগবানগী নামাদা যৌন ক্রীয়া শান্নতুনা মাও-তাক্লবা কয়া থোকহল্লি। অসুম্না ভাগবতমবু মাংথোকপসি ভক্তনি হায়বা শাবা মীতাশিংগী মতৌনা থোকহনবনি। ভাগবতম পাঠ তৌতুনা মীওোন্দা উৎনবা হোৎনবগী মমাওদা যৌন-লিপ্সা মথল পুম্বদগী নাম্থোক্নদবনি। শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা শুদ্ধিগী অর্থদি পাদোওবা মথল পুম্নমক লেপ্পা হায়বনি হায়না তশেংনা হায়রম্মী। মহাক্না হায়—যথা যথা ধীশ চ শুদ্ধ্যতি বিষয়-লাম্পট্যং ত্যজতি, তথা তথা ধারয়েদ্ ইতি চিত্তশুদ্ধি তারতম্যেনৈব ধ্যান তারতম্যম্ উক্তম্। বুদ্ধি শুদ্ধ ওইবগা যৌন লিপ্সাদগী নাম্থোকপা ওম্বা মতমদা ধ্যানগী থবক পায়খৎকদবনি, রাহৈ অমরোমদা হায়রগনা ভগবানগী অঙ্গ খুদিংবু ধ্যান তৌবগী খোঙথাংদি থম্মোই শেংবগী (চিত্তশুদ্ধিগী) চাংদাগী তুংইনবনি। রা হায়ববু, যৌন ক্রীড়াদা লুপ্লিবা মী-শিংনা ভগবানগী চরণ অতুদগী কাখৎনা ধ্যান তৌযদে হায়বসিনি, মরমসিনা মখোযনা পাঠ তৌগদবদি ভাগবতমগী অহানবা অমসুং অনীশুবা স্কন্ধ অনীসিদনি। চিত্তশুদ্ধিগী থবক্তু মপুঙ ফাহনগে হায়রবদি অহানবা স্কন্ধ মাপলগী থাতু মুন্না ভাব তাবগদা ওইগদবনি। অতুগী মতুঙদা শ্রীমদ্ভাগবতমগী তরাশুবা স্কন্ধদা চঙবা য়াগনি।

শ্লোক ১৩

**একৈকশোঽঙ্গানি ধিয়ানুভাবয়েৎ পাদাদি যাবদ্ধসিতং গদাভৃতঃ।**
**জিতং জিতং স্থানমপোহ্য ধারয়েৎ পরং পরং শুদ্ধ্যতি ধীর্যথা যথা ॥ ১৩ ॥**

এক-একশঃ- অমগী মথঙদা অমা ওইনা, অঙ্গানি—কাযাংশিং, ধিয়া বুদ্ধিনা; অনুভাবযেৎ ধ্যান তৌগদবনি, পাদ-আদি খোঙ-নচিংবা; যাবৎ—মতমতুফাওবা, হসিতম—নোকপা; গদাভৃত—পরমেশ্বর ভগবান, জিতম জিতম্ -পূর্ক্লীং খুতুম চনখৎলক্লুনা, স্থানম্- মফম, অপোহ্য—থাদোক্লুনা; ধারযেৎ—ধ্যান তৌগদবনি, পরম্ পরম্ - রাংখং রাংখৎনা, শুদ্ধ্যতি—শুদ্ধ ওইরবা; ধীঃ—বুদ্ধি; যথা যথা অতুক্কী মতক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধ্যান তৌবদি গদা পায়বা ভগবানগী খোঙ-থম্বান্দগী হৌরগা নোক্লিবা মাংথোঙতু য়োনবা অঙ্গ মথঙ মথঙ তৌগদবনি। খোঙ থম্বান্দা পূর্ক্লীং পূঙহৈ হৈজন্দুনা ধ্যান তৌগদবনি, অতুদগী খুবোম, অতুদগী ফৈগল, অতুদগী অসুম্না মথক কাখৎ কাখৎনা ধ্যান তৌগদবনি। হকচাঙগী কায়াংশিংতুদা মথঙ মথঙ পূর্ক্লীং থীংজনবা অতুক্কী মতীক ওমগা অতুক্কী মতীক ধ্যান তৌবা মীগী বুদ্ধিতু শুদ্ধ ওইবক্নি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমনা তাক্লিবা ধ্যান অসি নিরাকার (মূর্ত্তি-লৈতবা) নৎত্রগা শূন্দ্রং অমদা পূর্ক্লীং থীংজনবগী মতৌতু নত্তে। ধ্যান তৌগদবদি পরমেশ্বর ভগবানগী বিরাটরূপ নৎত্রগা শাস্ত্রনা তাকপা মাগী সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ অতুবুনি। শাস্ত্রনা তাকপা বিষ্ণুমূর্ত্তি ময়াম অমা লৈ, অতুদগী মন্দিরশিংদসু লাৎনরিবা বিগ্রহ মূর্ত্তি কয়ামা লৈ। অতুনা লাৎলিবা মূর্ত্তিতুগী খোঙদগী হৌবগা মোমোন্নোকপা মায়থোঙ ফাওবা মথঙ মথঙ কাখৎলগা পূর্ক্লীং থিংজন্দুনা ধ্যান তৌগদবনি।

ভাগবতমগী পাঠকশিংগী মত মতুং ইন্না হায়রগদি ভগবানগী রাস নৃত্য অসি ভগবান্না নোকপনি। শ্লোকসিদা হায়রগুম্না ঐখোযনা ভগবানগী খোঙদগী হৌরগা মথঙ মথঙ ওইনা মাগী নোক্লিবা বদন অতু-ফাওবা য়োরক্লবা চৎথগদবনি, মরমতুনা ঐখোয়না অতৈ হুন্দোক্লমগা রাস লীলাবু থঙনবগীদমক থংচোঙ

চোঙখৎপা য়াদে। লৈগী তুলসীমনাগা মখোঙদা কৎতুনা মখোঙছু ধ্যান তৌবনা হেন্না ফৈ। অসুম্না অর্চনা (পূজা) তৌরগা অসুম অসুম ঐখোয়গী চিত্তশুদ্ধি ওইখৎলক্কনি। ঐখোয়না ভগবান্বু বেশ খোল-হল্লি অদুগা স্নান তৌবি; অসিগুম্বা দিব্য ওইবা থবক মযামসিনা ঐখোযগী চিত্তশুদ্ধি তৌবদা তেঙবাঙই। অমাঙবা থাক্কী শুদ্ধি হায়বদু ঐখোয়গী ওইরবা মতমদা ভগবান্গী অনোকপা মাযথোঙ উরবদি নৎত্রগা ভগবান্গী রাস লীলাগী জগোই অদুগী রা শ্রবণ তৌরগদি মাগী লীলা আস্বাদন তৌবা ঙমগনি। মরম-সিনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা রাস লীলাদু দশম স্কন্ধদা (অধ্যায় ২৯।৩৫) বর্ণনা তৌরিবনি।

ভগবানগী দিব্যমূর্তিবু খোঙ-থম্বান্দবু ওইবে খুবোমদবু ওইরে ফৈগল নত্রগা থবাক্তবু ওইরে ধ্যান অদুক্কী মতীক হেন্না তৌবগা ধ্যান-তৌবা মীদুগী চিত্ত শুদ্ধি অদুক্কী মতীক ওইগনি। শ্লোকসিদা বুদ্ধিনা অদুক্কী মতীক হেন্না শুদ্ধ ওইবগা হায়রিবসিগী অর্থদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক অদুক্কী মতীক যৌনা থাদোকপা হাযবনি। হৌজিক্কী মাযালাংদা থুরবা পুন্সিগী যীভমসিদা ঐখোয়গী বুদ্ধিদি ইন্দ্রিয় পেলহন্নবা থবক্তা লূপ্পনিনা শুদ্ধ ওইদে। ভগবান্গী দিব্য মূর্তি ধ্যান তৌবগী যলদি ধ্যান তৌবা মীদুনা ইন্দ্রিয় পেন্নঙাই থবক থাদোব্রকপনা খঙগদবনি। মবমদুনা ধ্যানগী অরোযবা উদ্দেশ্যদি ধ্যান তৌবা মীদুগী বুদ্ধি শুদ্ধ ওইবসিনি।

ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা লুপ্লিবা মীবু ভগবানগী অর্চনাদা য়াওহন্বা যাদে অদুগা রাধাকৃষ্ণগী নৎত্রগা বিষ্ণুগী দিব্য বিগ্রহবু থুংনা শোকহন্বা যাদে। মখোয়গীদমক্তি মথঙগী শ্লোক অসিদা হায়বগুম্না ভগবান্গী বিরাটরূপ ধ্যান তৌবনা হেন্না ফৈ। মরমসিনা নির্বিশেষবাদীশিং অমদি শূন্যবাদীশিংদি ভগবান্গী বিশ্ব-রূপ ধ্যান তৌগদবনি হায়রি অদুগা ভক্তশিংদি মন্দিরদা লাৎলিবা বিগ্রহমূর্তিদু ধ্যান তৌদুনা পূজা তৌগদবনি। নির্বিশেষবাদীশিং অমসুং শূন্যবাদীশিংদি মখোযগী পারমার্থিক কর্ম তৌবদা চপচানা চিত্তশুদ্ধ ওইদবা মবম্না অর্চনা তৌবসি মখোযগীদমক যাবমদে।

শ্লোক ১৫

**যাবন্ন জায়েত পরাবরেঽস্মিন্ বিশ্বেশ্বরে দ্রষ্টরি ভক্তিযোগঃ।**
**তাবৎ স্থবীয়ঃ পুরুষস্য রূপং ক্রিয়াবসানে প্রযতঃ স্মরেত ॥ ১৪ ॥**

যাবৎ— মতম অদুযাওবা, জাযেত পোক্লকই, পর-দিবা; অবরে— মীবয়েনগী; অস্মিন— মঙং অসিদা, বিশ্ব-ঈশ্বরে —বিশ্ব-তাইবংগী মবুংঙো; দ্রষ্টরি অউবা মঙোন্দা, ভক্তিযোগ ভক্তিযোগ, তাবৎ — মতম অদুযাওবদা, স্থবীয়ঃ— ঘোর সংসারী, পুরুষস্য —বিরাট পুরুষগী, রূপম্—শক, ক্রিয়া অবসানে-- মী মীদুগী তৌগদবা মথৌ তৌবা লোইবগা; প্রযতঃ—যতন তৌনা; স্মরেত নীঙশিংগদবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জগৎ অনীমকপু উরিবা পরমেশ্বর ভগবান্দা ভক্তি পোক্তিবা ঘোর সংসারীনা ভক্তি পোক্তিবমখৈ মাগী শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ তৌবা লোইবকপদা ভগবানগী বিরাটরূপ অদু নীঙশিংগদবনি হায়বদি ধ্যান তৌগদবনি।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত নত্তবা জগৎ জাৎ অনীমক্কী দ্রষ্টানি (অউবা মহাক অদুনি)। অমরোমদা হায়রগা পরমেশ্বর ভগবাননা জগৎ পুম্নমক্কী সুহৃদ্ (যাইফনবা তৌরিবা মরূপ) অমদি যজ্ঞতপ পুম্নমক্কী ভোক্তানি (কৎফম ওইদুনা চারিবা মহাক অদুনি) হায়না শ্রীমদ্ভগবদ্গীতানা হায়রি (৫।২৯)। প্রাকৃত নত্তবা (দিব্য) জগৎ হাযবসিনা ভগবান্গী অন্তরঙ্গ (মনুঙগী ওইবা) শক্তিগী শকউৎনি অদুগা প্রাকৃত জগৎসিনা ভগবানগী বহিরঙ্গ (মপান্থোংগী ওইবা) শক্তিগী শকউৎনি। জীবশিংনা মাগী

তটস্থা (তোর্বান-মতাই-তাবা) শক্তিনি, মখোয়না পামজবা খনজরগা প্রাকৃত জগৎতা নংত্রগা প্রাকৃত নত্তবা জগৎতা লৈবা ঙমজে। প্রাকৃত জগৎসি জীবশিংগী মতীকচাবা মফম নত্তে মরমদি-আত্মা মশেন ওইং বনা মখোয়দি ভগবান্গা অমতনি। প্রাকৃত জগত্তা জীবশিংসি প্রাকৃত জগৎকী নিয়ম মতুংইন্না মায়া বন্ধ ওই। ভগবান্না মাগী অংশ ওইবা জীবশিংবু বৈকুণ্ঠলোকদা মাগা লৈমিন্ননীঙ্ঙী, অদুনা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু জ্ঞান তাহন্নবগীদমক বেদনচিংবা লাইতাক শাস্ত্র পুন্নমক পীরম্মিবনি, মদুম তৌরগা জীবশিংবু মরানয়াই ওইবা ভগবানগী নাক্তা জীবশিংবু হল্লক্লো হায়না কৌরিবনি। লাইবক থীবদি, মায়াবদ্ধ জীবশিংনা মায়িক জীবনগী মৈচাক অদুম অতৎ-অখম লৈতনা য়ৎন-ফংনমক ভগবানগী নাক্তা হন্নবগীদমক থৌওইদে। মসিগী মরমদি মখোয়গী শেরান্নরবা পুন্সি মরেন হায়বদি পাপ-পুণ্য অনীনা চয়েৎনরবা অদুনি। পুণ্যকর্ম তৌবা মীতা খবনা ভগবান্গা লৈনবিবা সম্বন্ধ নহালমখৈ মাঙলুরবদু অমুক হন্না লৈখৎনবগী হোংনবা হৌই, অদুবু মখোয়ন। ভগবানগী পুরুষ রূপ অদু খঙবা ঙমদে। পুন্সি পান্দম অশেঙবদি ভগবানগা মরী লৈনবা অদুগা মাগী সেবা তৌবা। মদুনি জীবগী মশাগী ওইবা ফীভমদি। নির্বিশেষবাদী ওইবা মীশিংবু অমসুং ভগবান্দা প্রেমসেবা তৌবা ঙমদবা মীশিংবু মাগী বিরাটরূপ হায়বদি বিশ্বরূপ অদু ধ্যান তৌনবা তাকপী। জীবনা পুন্সিদা অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংনীংলবদি অদুগা মাগী মশৌশাগী ওইবা অফা অপুন লৈরবা ফীভমদু অমুক হন্না পান্নবদি মানা কাউথোকল্লরবা ভগবান্গী সম্বন্ধদু অমুক লৈননবা কৈনো উপায় অমা তৌদুনা হোৎনবা তাই। বুদ্ধি ৱাংপা অনৌবা সাধকশিংগীদমক্তদি ভগবানগী বিরাটরূপ ধ্যান তৌরগা মতুংদা বিশেষ পুরুষ রূপকা মরী লৈনরকপা যাগনি। তোঙান তোঙানবা গ্রহলোক, সমুদ্র, চীঙশাঙ, তুরেন, উচেক, শা, ঙা, মীওইবা, দেবতাশিংনচিংবা ঐখোয়না খনবদা থোকপা পোং পুন্নমক ভগবানগী বিরাটরূপকী হকচাঙ কাবাং ঙাক্তনি হায়বসি খঙনননবগীদমক মমাঙগী অধ্যায়শিংদা তাকখিবা বিরাটরূপ অদু ধ্যান তৌ হায়না মফমসিদসু হায়বিবনি। মসুন্না খনবা ৱাখলসিসু পবতত্ত্ববু ধ্যান তৌবা মখল অমনি। মসুন্না ধ্যান তৌবা তেক হৌগৎপগা লোইননা দৈবী গুন চেনবা হৌগৎকনি, জগৎ পুম্বসি জগৎ তা লৈবিবা মী পুন্নমকা নু ডাইরবা শান্তিগী মফম অমা ওইগনি। ভগবানগী সবিশেষ নংত্রগা নির্বিশেষ রূপ অদুবু ধ্যান তৌদ্রগদি মীওইবগী অফবা গুণমখৈ মাগী স্বরূপকী ওইবা শেরান্নবা ৱাখলনা কুপ্পকনি, অমসুং অসিগুম্না চাওখৎ খোঙপাংগী জ্ঞান নত্তনদি জগৎ পুম্বা মীওইবগীদমক্তি নবক অমা ওইবকই।

শ্লোক ১৫

**স্থিরং সুখং চাসনমাস্থিতো যতির্যদা জিহাসুরিমমঙ্গ লোকম্।**
**কালে চ দেশে চ মনো ন সজ্জয়েৎ প্রাণান্ নিযচ্ছেন্মনসা জিতাসুঃ ॥ ১৫ ॥**

স্থিরম - লেঙদবা, সুখম্ নুংঙাইবা; চ—সু; আসনম্ - যমযম; অস্থিতঃ—লৈবা; যতিঃ - যোগী; যদা- মতমদা, জিহাসুঃ থাদোকননিংবা; ইমম্ - মসি; অঙ্গ—হে নিংথৌ; লোকম্—হকচাঙ; কালে—চপ চাবা মতমদা, চ - অমসুং; দেশে—চপ চাবা মফমদা; চ—অমসুং; মনঃ—পুক্নীং; ন—নত্তে; সজ্জয়েৎ —চঙহল্লী, প্রাণান ইন্দ্রিয়শিংবু; নিযচ্ছেৎ খুদুম চনগনি, সংযম্ তৌগনি; মনসা—পুক্নীংনা; জিত-আসুঃ - স্বর খুদুম চনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌ, যোগীনা মীওইবশিংগী লোক অসি থাদোকনীংলকপা মতমদা মফম-মতমগী মরমদা পুক্নীং চোইফদে; মহাক পুক্নীং লেঙদনমখৈ নুংঙাইনা ফমগদবনি, অদুদগী স্বর খুদুম চন্নগা ইন্দ্রিয়শিংবু পুক্নীংনা ফাদুনা খুদুম চনগদবনি।

### নৈনরোল

ভগবদগীতাদা হায়রি (৮।১৪)—ভগবানগী প্রেমসেবা তৌরিবা ভক্তদি অমম্বুং ভগবানবু খোঙথাং থুদিংদা নীঙশিংহুনদা লৈরবা ভক্তদি মহাক্কা সম্বন্ধ থম্বা মরম্না মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবানগী কৃপা ইলায লায়না ফংঙী। অসিগুম্বা ভক্তদি মাগী হৌজিক লৈরিবা দেহসি থাদোকপগী অফবা পুঙফমগী রা থিদে। অদুগা কর্ম্মমিশ্র ভক্তিগী নংত্রগা জ্ঞানমিশ্র ভক্তিগী ভক্তশিংদি মখোযগী দেহহু থাদোকপগী অযবা পুঙফম ওইদবা যাদে। মখোযগীদমক্তি অযবা পুঙযমশিংহু ভগবদগীতানা তাক্লি (৮।২৩-২৬)। অদুবু অসিগুম্বা অযবা পুঙফমশিংসে মাগী দেহহু থাদোকনীংবা মতমদা হেক্তা থাদোকপা ঙম্নবা সিদ্ধ যোগী অমা ওইবগা চপ মান্নবা মক ওইদে। অসিগুম্বা যোগীদি মপুক্নীংনা ইন্দ্রিযশিংবু দমন তৌবা ঙমদবনি। পুক্নীংবু থুহুন চনবদি ভগবানগী খুযাদা পুক্নীংবু থিংজল্লবদদা ওই। অহুদগী অম্হুম অম্হুম সেবাদা চঙশল্লকপহুনা ইন্দ্রিয পূম্নমক ভগবানগী সেবাদা অহুম মশানা চঙশল্লকই। মহুনি পবতত্বদা লুপশমবগী পাম্নেদি।

শ্লোক ১৬

**মনঃ স্ববুদ্ধ্যামলয়া নিয়ম্য ক্ষেত্রজ্ঞ এত ং নিনয়েৎ তমাত্মনি।**
**আত্মানমাত্মন্যবরুধ্য ধীরো লব্ধোপশান্তির্বিরমেত কৃত্যাৎ ॥ ১৬ ॥**

মনঃ পুক্নীংবু, স্ববুদ্ধ্যা মরম্নাইগী বুদ্ধিনা, অমলযা—মক্তবা, নিযম্য—খুহুম চল্লগা, ক্ষেত্রজ্ঞে জীবদা, এতাম মখোয় পুম্বা; নিনযেৎ লৌশিন্নি, তম—মহু, আত্মনি—আত্মাদা, আত্মানম্—আত্মাবু, আত্মনি—পরমাত্মাদা, অবরুধ্য—লুপশল্লগা, ধীরঃ—পুঙপেল-পেল্লবা মীনা; লব্ধ উপশান্তিঃ—মপুঙ ফাইবা মপুঙ যানা ফংলবা; বিরমেত লেপ্পা, তোকপা, কৃত্যাৎ—অতৈ থবক পূম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুগী তুংদা, যোগীনা মপুক্নীবু মাগী মক্তবা বুদ্ধিনা জীবাত্মাদা লুপশনগদবনি, অহুদগী জীবাত্মাবু পরমাত্মাদা লুপশনগদবনি। মসি তৌবগা মপুঙফানা পেল্লবা জীবাত্মানা মপু ঙাইবগী মপুঙফারবা মতাঙদা লেরগা অতৈ অমা তৌবরোইদৌবনি।

### নৈনবোল

পুক্নীংগী মথৌদি খনবা, খঙবা অহুগা পাম্বা অসিনি। পুক্নীংনা প্রাকৃত ওইবা মতমদা হাযবদি প্রাকৃত সঙ্গদা লৈবা মতমদা প্রাকৃত জ্ঞান চাওখৎনবগীদমক্তা পুক্নীংনা থবক তৌযি, অহুম্না তৌবনা মাঙতাক্নবা আণবিক ওইবা খুৎলাই পুথোকপদা জ্ঞানগী মতোল লোম্মী। অহুগা পুক্নীংনা প্রাকৃত নক্তবা হথিন্না থবক তৌবা মতমদা পুক্নীংনা ভগবানগী নাক মবান-যাইদা হন্নবা হাযবদি সচ্চিদানন্দগী ওইবা পুন্সি যৎনপগীদমক থবক তৌযি। মরমহুনা পুক্নীংবু অযবা অহুগা মক্তবা বুদ্ধিনা হোইনবা তৌবা তারে। ভগবানগী সেবা তৌবহুদি মপুঙফাবা বুদ্ধি হাযবহুনি। জীবদি ফীভম পূম্নমক্তা যীভমহুগী মনাই ওইনা মথা পোল্লি হাযবসি খঙনবা বুদ্ধি ঐথোয়গী লৈবা তাই। জীব খুদিংমক অপাম্বা, অশাউবা, পাদোঙনীংবা, পঙথবা, বাখল-চোইবা অমম্বুং কলক থম্বনবা হাযবশিংসিগী যাথং মতুং ইন্না চৎলির্বনি, হাযরিবা পুকচেনশিংসে জড় প্রকৃতিনা যৈরবা ভাক্নি। পুকচেনশিংসিগী যাথং পাঙথোকপদা মহাক মতম পুম্বা লুংঙাইতে। মসি খঙলক্লবদা জীবহুনা মাগী বুদ্ধিবু লুংঙাইত্রিবগী মরম অওইবা মফমদগী হংজনবদা শীজন্নরবা মতমদা মহাক ভগবানবু লুংশিন্না সেবা তৌবগী রা অহু খঙবা ঙম্মী। মথক্তা পনখ্রিবা হকচাঙগীগা মরী লৈননা চেল্লিবা পুকচেনগী পেল্লরা তৌবগী মহুত্তা জীবগী বুদ্ধিদো লুংঙাইতবগী মরম ওইবা মাযা-মোহ কোক্লুনা মক্তবা বুদ্ধি ওইরকয়ি অহুগা পুক্নীংবু ভগবানগী সেবাদা থিংজনহল্লি। ভগবানগা ভগবৎ সেবাগা মছা অমতনি মরমদি অনামক অদ্বযতত্বনি। মবমসিনা মক্তবা বুদ্ধিগা পুক্নীংগা অনীমক ভগবান্দা লুপ্পি, মতৌ অহুম তৌবনা

জীবনা মথন্তা অউবা (দ্রষ্টা) অমা ওইনা লৈত্রে, উরবা (দৃষ্ট) অমা ওইনা ভগবান্না হকথেংনবা উবিরে। জীববু ভগবান্না হকথেংননা উবিরবা মতমদা ভগবান্না জীবদা ভগবান্গী ইচ্ছা মতুং ইন্না থবক তৌননবা হায়থরকই, অদুগা জীবনা ভগবান্গী য়াথং মপুঙ ফানা ইন্নবা মতমদা জীবনা মায়াগী পেন্নবগী-দমক তৌবা থবক অতৈ পুন্নমক লেপ্পী। জীবনা শুদ্ধসত্তা অসিদা লৈরবা মতমদা মহাক মপুঙ ফাবা মুংঙাইবা ফংডী হায়বদি "লব্ধোপশান্তি" হায়বদু ওই অদুগা প্রাকৃত-ওইবা অপাম্বা পুন্নমক লেপ্পী।

শ্লোক ১৭

**ন যত্র কালোঽনিমিষাং পরঃ প্রভুঃ কুতো নু দেবা জগতাং য ঈশিরে।**
**ন যত্র সত্ত্বং ন রজস্তমশ্চ ন বৈ বিকারো ন মহান্ প্রধানম্ ॥১৭॥**

ন – নত্তে; যত্র— মদুদা; কালঃ—মাঙ-তাকহন্নবা মতম; অনিমিষাম্—স্বর্গদা লৈবা লাইয়ামগী; পরঃ —অথোয়বা; প্রভুঃ-- মবুংঙো; কুতঃ—কদায়দা; নু-- লেপ্পমক; দেবাঃ—লাইয়াম; জগতাম্ – জগৎশিংগী; যে —মখোয়; ঈশিরে- মকোক থোংডী; ন- নত্তে; যত্র— মদুদাঃ স্বত্ত্বম্— সত্ত্বগুণ: ন নত্তে; রজঃ- রজগুণ; তমঃ - তম-গুণ; চ—অমসুং; ন—নত্তে; বৈ —লেপ্পমক; বিকারঃ—অহোংবা; ন - নত্তে; মহান্-- মহত্তত্ত্ব (প্রাকৃত কারণ সমুদ্র); প্রধানম্— প্রকৃতি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অস্নুম্না ব্রহ্মস্বরূপ-ফংলবা যোগী পুরুষবু দেবতাশিংগী ফাওবা শাস্তা ওইরিবা কাল (মতম) কৌবা লাইহুনফাও শোকপা ঙমদবদা ইন্দ্রনচিংবা প্রাকৃত জগৎকী মথক নেৎতুনা পাল্লিবা অচপা লাইশিংনা করি তৌবা ঙমগনি? ব্রহ্ম স্বরূপ অদুদা সত্ত্ব রজ-তম হায়বা গুণ অহুম, মহত্তত্ত্ব অমসুং প্রধান (প্রকৃতি) মখোয় ময়ামসিনা করিমতা চঙবা ঙমদে।

নৈনবোল

ভূত (হৌখ্রবা) ভবিষ্যৎ (ওইরকদৌবা) বর্ত্তমান (ওইরিবা) কৌবা মতমগী বিভাগ খায়দুনা স্বর্গগী দেব-তাশিংবু ফাওববু খুদুম চল্লিবা মাঙ তারুবগী মশক ওইবা মতম (কাল) হায়বদু প্রাকৃত নত্তবা লমদম অদুদা চঙবা ঙমদে। কালগী প্রভাব উৎপগী খুদমদি পোকপা, শিবা, হনুবা, অমসুং অনা-অয়েক অসিনি। প্রাকৃত ওইবা পুন্সিগী নিয়ম মরি অসি ব্রহ্মলোক য়াওনা প্রাকৃত লোক খুদিংমক্তা চৎলিবনি। ব্রহ্মলোক অদুদা লৈবা জীবশিংগী পুন্সী হায়নঙাই লৈতনা শাংডী। জয় তৌঙমদ্রবা কাল কৌবা লাইনা ব্রহ্মাগী আয়ু ফাওবা থমহল্লী, অদুনদি ইন্দ্র, চন্দ্র, সূর্য্য, বায়ু অমদি বরুণদেবনচিংবা দেবতা অতৈগী বাদি করি অমুক হায়গনি? মর্ত্যলোক্কী জীবশিংগী মথক্তা য়েংশনবা গ্রহশিংগী মীৎয়েংদু চিন্ময় বৈকুণ্ঠলোক অদুদদি শুকচঙ চঙবা ঙমদে। প্রাকৃত জগৎতা জীবশিংনা শয়তানগী প্রভাব-পু কি; অদুবু চিন্ময় জগৎতা লৈবা ভক্তনদি অদুম্না কিবা তৌদে। প্রাকৃত গুণশিংগী প্রভাব-না জীবশিংগী হকচাঙশিংদু মথল মথাগী মওংদা অমুক মুক শক-শুন্নী, অদুগা চিন্ময় অবস্থাদা লৈবদদি ভক্তনা 'গুণাতীত' হায়বদি সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা প্রাকৃত গুণগী রাংমদা লৈ। মতো অস্নুম তৌবনা 'ঐদি উরিবা পুন্নমক্কী মপুনি' হায়বা ওইদবা অহঙ্কারদু মবমদুদদি পোক্কে। প্রাকৃত জগৎতা জীবনা প্রকৃতিগী মপু ওইগে হায়না হোৎনবগী ওইদবা অহঙ্কারদুদি মৈরাম্বীনা অচাকপা মৈদা চোংশনবগুম্বনি। মৈঙালগী লংনা ফজবা অদুনা মৈরাম্বীবু শুমহৎলি, অদুনা মানা ফজবদুবু ভোগ তৌগে হায়না পাইশল্লকপদা মৈদুনা মাবু চাকথেকই। চিন্ময় অবস্থাদদি জীবগী ভাবনাদু শুদ্ধ ওই, মরমদুনা প্রকৃতিগী মপু ওইনবা মাগী মিথ্যা অহঙ্কার লৈতে। অহঙ্কার লৈবদি থমথ্রদুনা, মাগী শুদ্ধ ভাব-নাদুনা মাবু পরমেশ্বর ভগবানগী মফম তাম্না পুশল্লী, রাসি ভগবদ্গীতাদা হায়রিবনি (৭।১৯) মদুদি— বাসুদেব সর্ব্বং ইতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ। মসি পুন্নমক্তা উৎলিবদি চিন্ময় অবস্থাদা প্রাকৃত সৃষ্টি লৈতে অদুগা প্রকৃতিগী কারণ সমুদ্রসু লৈতে।

মথক্তা হাযরিবা ফীভম মওংসিদি চিন্ময় ওইবা লমদমদা তশেংনা ওইবিবনি; অতুবু শুদ্ধভাবনাগী হেঙ্গৎলক্লবা খোঙচৎকী মরমদদা পরমার্থী অমগী লৈজবা জ্ঞান অতুনা মথক্তা হায়রিবা চিন্ময় লমদমগী ফাভম অসি ফোঙদোকই। অসিগুম্বা পরমার্থীশিংসে মখল অনী শুরি, মতুদি নির্ব্বিশেষবাদীশিং অমসুং ভক্তশিং। নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী চরম লক্ষ্যদি চিন্ময় আকাশগী ব্রহ্মজ্যোতি অতুনি, অতুগা ভক্তশিংগীনা বৈকুণ্ঠ লোকশিংনি। ভক্তশিংনা ভগবানবু প্রেম সেবা তৌরগা চিন্ময় দেহ ফংতুনা মথক্তা হায়খিবা ফীভম অসি ফংলিবনি। অতুবু নির্ব্বিশেষবাদীদি ভগবানগা সঙ্গ তৌবগী ৱাতু থোশাদবা মরম্না চিন্ময় কর্ম্মগীদমক চিন্ময় দেহ ফংদে, অতুনা পরমেশ্বর ভগবানগী চিন্ময় ওইবা জ্যোতিদা (মঙান্দা) লুপশল্লবা চিন্ময় ওইবা মৈরীকপী অমা ওইতুনা লৈ। ভগবান্দি সচ্চিদানন্দময ওইবা মপুঙ ফাবা বিগ্রহমর্ত্তিনি, নির্ব্বিশেষ (নিরাকার) ব্রহ্মজ্যোতিদি সৎ অমসুং চিৎ-তমক ওইবনি। বৈকুণ্ঠলোকশিংসু সচ্চিদানন্দগী মশক ঙাক্তনি, মরমতুনা ভগবদ্ধামদা চঙহল্লিবা ভগবদ্ভক্ত মখৈসু সচ্চিদানন্দময় মূর্ত্তি ফংজে। মসুম ওইবা মরম্না মখোয় অমগা অমগা কবিমত্তা খেন্নদে। ভগবানগী ধাম, নাম, যশঃ (মিংচৎ), পরিকরনচিংবা পুম্নমক চিন্ময়গুণ অমতগী ঙাক্তি, অতুগা অসিগুম্বা চিন্ময় গুণ অসি প্রাকৃত জগৎকা কয়ামুক খেন্নে হায়বতু নৈনরিবা শ্লোকসিদা ব্যাখ্যা তৌবি। ভগবদ্গীতাদা কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগ অমসুং ভক্তিযোগ কৌবা প্রধান বিষয অক্তমসি নৈনবি, অতুবু ভক্তিযোগ সাধন তৌবগদা বৈকুণ্ঠ লোক যৌবা ঙম্মী। যোগ অনীতুমনদি মথক্তা হাযখিবগুম্না ব্রহ্মজ্যোতিলোমদা সাধক অতুবু পুশনবিবসু বৈকুণ্ঠলোক যৌনা পুশনবগীদমক্তি অত্তক হাক্লা মতেঙ ওইদে।

শ্লোক ১৮

**পরং পদং বৈষ্ণবমামনন্তি তদ্ যন্নেতি নেতীত্যতত্তুংসিসৃক্ষবঃ।**
**বিসৃজ্য দৌরাত্ম্যমনন্যসৌহৃদা হৃদোপগুহ্যার্হপদং পদে পদে ॥ ১৮ ॥**

পরম্ পুঙপোই-থোইবা, পদম মফম: বৈষ্ণবম পরমেশ্বর ভগবানগা মরী লৈননা: আমনন্তি—মখোযনা খঙডি, তৎ মতু, যৎ মতু, ন ইতি মসি নত্তে, ন ইতি মসি নত্তে, ইতি—অসুম্না: অতৎ—ঈশ্বর নত্তবা: উৎসিসৃক্ষবঃ থাদোক্লীংবশিং, বিসৃজ্য—মপাঙথানা থাদোকুনা, দৌরাত্ম্যম্—বুদ্ধি চোইবা: অনন্য—অতৈমা নত্তবা, মতুতমক ওইবা, সৌহৃদাঃ পাম্বা, থরাই যাওবা: হৃদা উপগুহ্য থম্মোইদা লোশন্দুনা: অর্হ লাংনঙাই ওইবা, পদম খোঙ থম্বাল; পদে পদে মীৎকুপ খুদীংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমার্থীশিংনা ঈশ্বরগা মরী লৈনদবা থবক পুম্নমক থাদোক্লীংডি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্ বিষ্ণুগা থবক খুদিংমক্কা মরী লৈনবা পুঙথোই-থোইবা মফমতু মখোযনা খঙডি। মতমসিনা ভগবানগদমক মরী লৈনবা শুদ্ধ ভক্তনা বুদ্ধি চোইনবা থৌবাংদে, অতুগী মহুত্তা ভগবানগী খোঙ থম্বানবু থম্মোইন্নুংদা পুশল্লগা মীৎকুপ খুদিংগী পূজা তৌজে।

নৈনবোল

ভগবদ্গীতাদা 'মদ্ধাম' (ঐগী যুম নংত্রগা নফম) হায়বসি কন্নাবক পল্লি, পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বচন মতুং ইন্না, ওমখৈ নাইদ্রবা পরব্যোম হায়বতু (প্রাকৃত নওবা অতিয়া) লৈ অতুগা অতিযাতুদা লৈবা গ্রহশিংবু বৈকুণ্ঠ হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানগী ধাম কৌরি। পরব্যোম অতু প্রাকৃত আকাশতগী অমসুং মাবু কুপলিবা মরোল অক্তমদগী য়াম্না য়াম্না লাপ্না লৈ। পরব্যোম অসিদা ঙান্নবগী সুমীৎ-থা অমদি বিজুলিনচিংবা চঙদে, মরমদি বৈকুণ্ঠশিংতু মশানা অতুম ঙানজে অতুগা প্রাকৃত সূর্য্যাশিংদগী থোইনা হেন্না লংঙী। ভগবানগী শুদ্ধভক্তশিংদি ভগবানগা পুঙমান মান্নে হায়বদি ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ভক্তশিংনা

মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবানবু মখোযগী থাজবা মরূপ অমদি যাইযহন্নীংবা মবুংঙোনি হায়না খল্লী। মখোয়না মর্ত্যলোকসিগী জীব কনাবু খল্লুদনদা নত্তনা ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ব্রহ্মা ফাওববু খল্লুবা লৈতে। মখোযতনা বৈকুণ্ঠ লোকশিংবু তবংনা উবা ঙম্মী। অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংনা পরমেশ্বর ভগবানগী মখাদা লৈবনিনা ব্রহ্ম করিনো নংত্রগা ব্রহ্ম নত্তবনা করিনো নংত্রগা মাযা হাযবত্থুনা করিনো হায়ত্থুনা নৈনবদা মতম মাঙহল্লগা চিন্ময ওইবা বিষয খঙবদা চমম্বহন্নবা ওইদবা বা পুথোক্তে অদুগা মখোয়না মখোয় মচ্চাবু ভগবানগা অমতনি হাযত্থুনা ওইদবা রাখনস্থ তৌদে অদুগা ভগবান্দি তোঙাম্না লৈতে হায়নস্থ য়েংখোৎপা তৌদে, নংত্রগা ঈশ্বর মচ্চামক্না অবতার তৌরকপা মতমদা মাগী দেহত্থু প্রাকৃত দেহনি হায়বস্থ তৌদে। চিন্ময ওইবা বিষয খঙনবগী লম্বীদা খুদি থীনঙাই ওইবা লম্নাই বুদ্ধিগী কল্পনা পুথোবকপা মতবাদ লৈবিব-শিংত্থুবু থৌশা রাশাবস্থ তৌকবা লৈতে মখোযদি। নির্ব্বিশেষবাদীশিং নংত্রগা ভক্ত নত্তবা মীতাশিংদা নত্তনা ভগবানগী ভক্তনি হাযনদি মচ্চা মচ্চাবু তাকপা অদুগা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা তিন্দুনা মুক্তি ফংনীংবা মীতা কাঙবুস্থ লে। মখোযসিনা ইযোং যোংনা গুপীদা ওক্তবা শাজৎ চংত্থুনা মখোযগী মবন্নাই ওইবা ভক্তিযোগ মখল অমা শেরান্-তুরান পুথোকযি অদুগা অপঙবশিংবু নংত্রগা মখোযদোনা ভক্তবশিংবু শেরান্ননা লুচিংবি। অসিগুম্বা অভক্তশিং অদুগা ওক্তবশিংসে বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হাযবা মতুং ইন্না মহা-আগী বেশদা ত্থুবাম্বা (পূকচেল খোযবা) কৌযি। অসিগুম্বা অভক্তশিং অমস্থং ওক্তবশিংসিবু শুকদেব গোস্বামীনা নৈনরিবা শ্লোকসি উংলগা পবমার্থীশিংগী মবক্তা চল্লমদে।

মবমসিনা বৈকুণ্ঠলোকশিংদি 'পর পদং' কৌনা পরমেশ্বর ভগবানগী ধাম মযায়ি। সুর্যীংবী মঙানবু মুমীংকী মঙান হাযবগুম্না, নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিবু বৈকুণ্ঠলোকশিংগী মঙান ওইবা ওম্না 'পরং পদং' অদুম কৌযি। নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিদি ভগবানগী দেহদা লৈবনি হাযনা ভগবদ্গীতানা তশেংনা হাযবি (১৪।২৭), অদুগা ব্রহ্মজ্যোতিদা পোং খুদিংমক পবোক্ষ ওইনা খিল্লিংনিনা পোং খুদি মক ভগবান্দগী থোবকপনি পোং খুদি মক ভগবান্দা তুংযম ওইনা লেরিবনি অদুগা প্রলযগী মতুংদা লোইনমক ভগবান্দা লপ্পুনা লৈবিবনি। মবমসিনা কবিমতস্থ ভগবানদগী তোঙানবা নত্তে। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্ত অমতনা ব্রহ্মগা ব্রহ্ম নত্তবগী খেন্নৈ হাযত্থুনা নেনবদা মতম মাঙহনবা তৌদে, মবনদি ভগবান পরব্রহ্মনা মাগী ব্রহ্ম শক্তি শীজন্নত্থুনা পোংলম খুদিংদা যিগী লংনা মযুং মযেল ওৎসন্নবহন্ন অদুম ওৎলম্ন ত্থুনা লৈ। অস্তুম তৌবসিনা ভক্তনা পোং খুদিংমক ভগবানগী মরম্নি হাযনা লৌযি। ভক্তনা ভগবানগী সেবাদা পোং খুদি মক শীজন্ননবা হোৎনৈ অদুগা ভগবান্না সৃষ্টি তৌবা পোংকী মপুনি হাযনা শেরান্ননা লৌবগা মীগী বুদ্ধি শুমহৎনবা তৌদে। মহাক কথামৃক মপুক শেংবগে হাযববু মহাক মচ্চামকপুস্থ অদুগা পোং খুদিংমকপুস্থ ভগবানগী সেবাদা শীজন্নৈ। ভক্তনা পোং খুদিংদা ভগবানবু উই, অদুগা ভগবান্দা পোং খুদিংমকপুস্থ উই। ত্থুরাত্মানা (পূকচেল খোযবা মীতানা) পুথোরকপা থোইদোকপা চমম্বত্থু মহারা ভগবানগী চিন্ময দেহবু প্রাকৃত ওইবা পোংনি হাযনা লৌবদগী পুথোবকপনি।

শ্লোক ১৯

**ইত্থং মুনিস্তূপরমেদ্ ব্যবস্থিতো বিজ্ঞানদৃগ্বীর্য্যসুরন্ধিতাশয়ঃ।**
**স্বপার্ষ্ণিনাপীড্য গুদং ততোহনিলং স্থানেষু ষট্সূন্নময়েজ্জিতক্লমঃ ॥১৯॥**

ইথম মতৌ অস্থুনা, ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌরগা; মুনিং—মুনিনা, তু—অদুবু, উপরমেৎ—পোত্থাবগ-দৌবনি, ব্যবস্থিতঃ—লৈতারবা ওইনা, বিজ্ঞান-দৃক্—শাস্ত্র জ্ঞান্না; বীর্য্য—পাঙ্গল; সু রন্ধিতা—মীং না হোইরবা; আশযঃ—পুন্সী-পান্দম, স্ব-পার্ষ্ণিনা—লম্নাই খোঙগী খুনাঙনা, আপীড্য—মেন্দুনা, গুদম্—শৌজখোঙ, ততঃ—অদুগী তুংদা, অনিলম্—ত্থুংশীৎ; স্থানেষু—মফমশিংদা; ষট্সু—মরু তরুক্তা; উন্নমযেৎ—পুথৎকদবনি; জিত ক্লমং—সংসারগী অপাম্বা মুথৎলগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অস্তুন্না মুনিনা ব্রহ্মস্বরূপ অদুদা লৈতানা লৈরগা শাস্ত্রজ্ঞানগী মপান্না ইন্দ্রিয়গী বিষয় পাম্বা পূম্নমক থাদোক্কদবনি। অদুদগী খোঙ খুনীঙনা নুংশীৎ খোঙ মেল্লগা অমসুং প্রাণবায়ুবু মফম অমদগী অমদা য়ৌহন্দুনা মফম তরুকতা পুখৎলগা প্রাকৃত দেহচু থাদোক্লমগদবনি।

নৈনরোল

দুরাত্মা ওইবা মীসি য়ামগ্রে, মখোযনা মছাবু ব্রহ্মনি হায়না উপলব্ধি তৌরগা বিষয় বাসনাবু খুদুম চনবা ঙমদে। মপুঙফানা ব্রহ্ম উপলব্ধি তৌরবা মীনা বিষয় বাসনা পুম্বা লাপ্না থম্বা ঙম্মী হায়বসি ভগবদ্গীতানা ফজনা তাকয়ি (১৮।৫৪)। বিষয় বাসনাশিংদি জীবগী অহঙ্কারনা য়ুম্ফম ওইরগা পোকপনি অদুগা প্রকৃতিগী নিয়ম থুগাইনবা অদুগা লনশিংবু জয় তৌবা ঙম্নবগীদমক অঙাঙ মানবা করিস্সু কান্নদবা মাগী থৌদৌশিংনা জীবগী বাসনাশিংদু লৈ হায়বা উৎলি। পুকচেল মতাসিনা জীবনা প্রাকৃত বিজ্ঞানগী মপাঙ্গলবু থাজৈ, মরমদি প্রাকৃত বিজ্ঞান্না আণবিক শক্তি পুথোক্কয়ি অদুগা মেছিন্না চলাইবা জহাজনা শুলতিঙাদা পাইরগা কোয়না চৎপা ঙমহল্লি। প্রাকৃত বিজ্ঞানগী চাওখৎপা মচেৎ মচেৎশিংসিনা অহঙ্কারী ওইবা জীবনা মীওইবগী চাওখৎ থৌবাং মচেৎ মচাশিংদু মীৎকুপ অমগী মতুঙদা মাংহনবা ঙম্বা ভগবান্গী শক্তিবু শীঙনদৌবগী হোৎনৈ। ব্যবস্থিত হায়বদি ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌরবা মীনা পরং ব্রহ্ম হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানদি শক্তি পুম্বগী মপু ওইবা বাসুদেবনি হায়বা অদুগা ব্রহ্মভূত ওইবা মীদি পরব্রহ্মগী অংশনি হায়বদু মপুঙফানা খঙজি। মরমসিনা জীবগী গুণেঙবা স্বরূপকী রাদি ভগবানবু মাগী সেব্য (সেবা তৌফম) হায়বদুনি অদুগা মানা ভগবান্গী সেবক (সেবা তৌবা মী) হায়বদুনি হায়বা খোঙমান্নবা মবী থমগদবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মভূত ওইববা মীতনা প্রকৃতিগী মপু ওইনবা হোৎনবগী তৌবা কান্নদবা থবক পূম্নমক তৌযি। শাস্ত্রজ্ঞান মপুঙফানা লৈবদুনা মহাক্না পুরা ভগবৎ-সেবাদা চঙি।

যোগ শাস্ত্রনা তাকপা নিযম্না প্রাণবায়ুবু মপুঙফানা খুদুম চনবা ঙম্নবা সিদ্ধ যোগীনা মাগী দেহচু করম থাদোক্কদগে হায়বদু অস্তুন্না তাকই, মদুদিঃ—মহাক মথাগী নুংশিৎ-খোঙ অদু মখোঙ খুনীঙনা মেল্লগা প্রাণবায়ু অদু অস্তুম অস্তুম মফম তরুক য়ৌনা পুখৎকদবনি। মফম তরুক অদুদি নাভি (খোয়দৌ), হৃদয় (থম্মোই), বক্ষস্থল (থবাক), তালুমূল (চৎ), ভ্রূমধ্য (মীতুম অনীগী কারক) অমসুং ব্রহ্মরন্ধ্র (লৌরাই) হায়বসিনি। প্রাণবায়ু খুদুম চনবগী থৌদৌসি মেছিন লোইবগুম্বনি, অদুনা সাধন অসি হকচাঙগী ওইবা সাধন অমনি তৌবগীবুদি আত্মা-উপলব্ধিগীদমক সাধন ওইরবস্ মসি থায়না মমাঙঙৈদা পরমার্থী অয়াম্বনা শীজন্নরম্বা সাধন অমনি, মরমদি মসি মতমদুগী পুন্সি মরেনগা লমচৎকা চুনবা সাধন ওইরম্মী। হৌজিক্তি কলিযুগগী প্রভাবনা কল্লবনিনা কনামতসু হকচাঙ-শাজেন মতাসি হৈনবা কনামতা য়াওদ্রে। হৌজিককাল-সিদদি ভগবানগী নাম শোল্লগা পূরকৌং লুপ্পনা চৎনবে। মসি তৌবগী ফল অদুনা প্রাণবায়ু শান্নবদগী হেন্না যরে।

শ্লোক ২০

**নাভ্যাং স্থিতং হৃদ্যধিরোপ্য তস্মাদুদানগত্যোরসি তং নয়েন্মুনিঃ।**
**ততোঽনুসন্ধায় ধিয়া মনস্বী স্বতালুমূলং শনকৈর্নয়েৎ ॥ ২০ ॥**

নাভ্যাম্—খোয়দৌদা; স্থিতম্—লৈবা; হৃদি—থম্মোইম্নুংদা; অধিরোপ্য—থমদুনা; তস্মাৎ—মদুদগী; উদান্—কাখৎলিবা; গত্যা—খোঙথাং; উরসি—থবাক্তা; তম্ মদুবু; নয়েৎ—পুগদবনি; মুনিঃ—মুনি; ততঃ—অদুগী তুংদা; অনুসন্ধায়—খিদুনা; ধিয়া—বুদ্ধিনা; মনস্বী পুরকৌং খুদুম চল্লবা মহাক; স্ব-তালুমূলম্—তৌগী মখোঙদা; শনকৈঃ—তপ্পা, নয়েৎ—পুরক্কদবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুনিতুনা প্রাণবায়ুবু তপ্প তপ্পা খোয়দৌদগী থম্মোই তাল্লা, থম্মোইদগী থবাক তাল্লা, অতুদগী ভৌগী মরু তাল্লা পুখৎকদবনি। মফমশিংতু মহাক্না মহাক্কী বুদ্ধিনা থিগদবনি।

নৈনরোল

প্রাণবায়ুগী চৎনবা চক্র তরুকথক লৈ অতুগা বুদ্ধি-লৈবা ভক্তিযোগীনা মবুদ্ধি শীজিন্নতুনা চক্র মফম-শিংসি ধ্যান তৌতুনা থিগদবনি। চক্রশিংসিগী মরক্তা মথক্তা পল্লিবদি স্বাধিষ্ঠান চক্র হায়বদি প্রাণবায়ুগী থোরকযম; মসিগী মথক্তা পুক্কা খোয়দৌগগী হেক মথাদা মণিপূরক চক্র লৈ। থক্লোমদা অমুম কাখৎলগা থম্মোইমুংদা থিরুরগা অনাহতচক্রতু ফংঙী, অতুদগী অমুক ৱাংখৎনা কাখৎলগা ভৌগী মরুদা প্রাণবায়ুবু থম্মী মতমতুদা বিশুদ্ধি চক্র হায়বতু যংঙী।

শ্লোক ২১

**তস্মাদ্ ভ্রুবোরন্তমুন্নয়েত নিরুদ্ধসপ্তায়তনোঽনপেক্ষঃ।**
**স্থিত্বা মুহূর্ত্তার্দ্ধমকুণ্ঠদৃষ্টির্নির্ভিদ্য মূর্ধন্ বিসৃজেৎপরং গতঃ ॥ ২১ ॥**

তস্মাৎ— মতুদগী; ভ্রুবোঃ —পীশুম অনীগী; অন্তরম্- কারক; উন্নয়েত— পুখৎকদবনি; নিরুদ্ধ থিংতুনা; **সপ্ত**— তরেৎ; আয়তনঃ—প্রাণবায়ুগী থোরকযম; অনপেক্ষঃ সংসারগী ভোগ থৌশাদবা; স্থিত্বা- লৈদুনা; **মুহূর্ত্ত**— মীৎকুপ অমগী; অৰ্দ্ধম্ —তঙ্খাই; অকুণ্ঠ –ভগবান্গী নাক যুমদা হনবা; দৃষ্টি—মীংযেং; নির্ভিদ্য হুৎলগা; মূৰ্দ্ধন্—লৌরাইঃ বিসৃজেৎ হকচাঙ থাদোক্কদবনি, পরম্ পরব্রহ্ম; গত –চংতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুগী তুংদা ভক্তিযোগীনা প্রাণবায়ুবু পীশুম অনীগী কাবক্তা পুখৎকদবনি; অতুদগী প্রাণবায়ুগী থোরকফম তরেৎত থিংলগা পরমেশ্বর ভগবান্গী নাক মযুমদা হন্নবা লক্ষ্য অতু অতুম পায়তুনা লৈগদবনি। মায়িক ভোগ তৌবগী অপাম্বা পুম্নমক্কগী পুম্নাল নাম্থোরক্রবদি মহাক মতমতুদা ব্রহ্মরন্ধ্র য়োগদবনি অতুগা পরংব্রহ্মগী নাক্তা য়োতুনা মায়াগী সম্বন্ধ পুম্বা থাদোক্কদবনি।

নৈনরোল

শ্লোক অসিদা মায়াগী সম্বন্ধ লোইনা থদংলগা ভগবান্গী নাক য়ুমদা হন্নবগী থৌওং করিনো হায়বতু তাকপিরি। ভৌতিক সুখ ভোগ তৌনীংবা পুম্নমক হান্নবা থাদোক্কদবনি হায়রি। আযুগী অমদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগী মতাংদা মায়িক সুখগী থাক অসি মথঙ মথঙ লৈ। পুন্সি খ্বাইদগী হেন্না শাংনা লেল্লগা ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইবা যংবগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা মফমদি ভগবদ্গীতাদা পল্লী (৯।২০)। অতু পুম্নমক মায়িক সুখ ঙাক্তনি। অদুবু ব্রহ্মলোক তা লৈরবা মাওবদা পুন্সি অতুক শাংনা লৈরুবগী কান্নবা লৈতে হায়রসি এখোয়না মপুঙ ফানা থাজবা চুম্মী। জীবদি ভগবান্গী নাক হায়বা য়ুমতুদা হন্দবা য়াদবনি, অতুনা মায়িক সুখ যংনবা কনিগুম্বা পাম্বৈ অমতনা মপুন্নাংতু চিংথোকপদা য়ারোইদৌবনি। ইন্দ্রিয়গী বিষয় পামদবসি ওইথোকপদি ভগবানবু উপলব্ধি তৌরবা মতমদা ওই হায়না ভগবদ্গীতানা হায়রি (২।৫৯)। পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে। মায়ানা চিংবদগী নাম্থোকপা হায়বসি চিন্ময় জীবনগী মওং পুঙথঙ থঙজিমথৈ য়ারোই। নির্ব্বিশেষবাদী কাঙলুপ অমনা চিন্ময় জীবন হায়বতুদি মখল মথেল অমতা য়াওদ্রবা শূন্য হায়বতুনি হায়না তৌরিবা প্রচারতুদি মাঙ-তাক্লঙাই ওইবা প্রচার অমনি মরমদি প্রচার অতুনা জীবশিংবু শেরাম্নবা পুরগা মায়িক সুখ ভোগ-না হেন্না হেন্না চিংঙী। মতৌ অসুম্না ওইবা মরমনা জ্ঞান ৱাংপা মীদি 'পরম্' (পুঙথোই থোইবা' অমা লৈ হায়বসি ৱাখল্লা লাম্বা ঙমদে। অসিগুম্বা মীতানা মাদি ব্রহ্ম উপলব্ধি তৌরবা মীনি

হায়না খনজতুনা হরাওজরবস্থু মহাক্না মায়িক সুখ ময়ামতুদা মপুক্নীং লুপতুনা লৈনবা হোংনৈ। অসিগুম্বা বুদ্ধি ৱাংপা অপঙবশিংনা শ্লোকসিদা য়াওরিবা 'পরং' হায়বসি করিনো হায়বতু ৱাংলনা লামজবা ঙমদে। মরমতুনা মখোয়না পরংগী মনাক য়োবা ঙমদে। ভক্তশিংদি চিন্ময় জগৎকী পরমেশ্বর ভগবান্গী অমসুং মহাক্কী চিন্ময় ওইবা পরিকরশিং বৈকুণ্ঠলোক ময়ামদা লৈরিবা পুম্বগী ৱা মপুঙ যানা খঙঙী। নৈনরিবা শ্লোকসিদা 'অকুণ্ঠদৃষ্টি' হায়বসি য়াওরি। অকুণ্ঠ-গা বৈকুণ্ঠ-গা অনীগী অর্থ চপ মান্নে। কনাগুম্বনা চিন্ময় জগৎ অমসুং ভগবান্গা তৌবা সঙ্গ অতুতবু পান্নবদি মতমতুদতা মহাক্না ভৌতিক জগৎসিদা লৈবিডৈদসু মায়াগী সম্বন্ধ পুম্বা থদংপা ঙমগনি। 'পরম' হাযবসিগা ভগবদগীতাগী মফম কযামুক্তা য়াওরিবা 'পরম্ ধাম' হায়বসিগা অনীসি পোংতা অমতনি। পরম্ ধামসিদা চংগ্রবা মীতু অমুক মর্ত্যালোকসিদা হল্লক্তে। মসিগুম্বা মুক্তিদি ৱাংলেন-ৱাংবা ব্রহ্মালোক যংলুববফাওবদা ওইথোক্তে।

প্রাণবায়ুদি অহোবা তরেৎথক যাওতুনা চংলী, মখোযতুদি মীৎ অনী, নাতোন নাখুল অনী, নাকোঙ অনী অমসুং যা। অযাম্বা মীচমশিংনা শিবদদি প্রাণবায়ুদো য়াদা চংলী। অতুগা যোগীদি মথক্তা হায়বগুম্বা মাগী প্রাণবায়ুবু খুতুম চনবনীনা মাগী প্রাণবায়ুতু লৌরাইগী রন্ধ্র কায়হল্লগা থাদোকই। মরমসিনা যোগীনা মথক্তা পল্লিবা অহাবা তরেৎসি মেন্সল্লী মতুম তৌবগা প্রাণবায়ুতুনা ব্রহ্মরন্ধ্র হোগাযবগা অতুম মশানা থোকচগনি। মসি মহাত্মা ভক্ত অমনা সংসারগা সম্বন্ধ থাদোক্পগী শোয়দবা খুদম্নি।

শ্লোক ২২

**যদি প্রয়াস্যন্ নৃপ পারমেষ্ঠ্যং বৈহায়সানামুত যদ্ বিহারম্।**
**অষ্টাধিপত্যং গুণসন্নিবায়ে সহৈব গচ্ছেন্মনসেন্দ্রিয়ৈশ্চ ॥২২॥**

যদি বদি, প্রযাস্যন –পামতুনা, নৃপ হে ইনিংথৌ; পারমেষ্ঠ্যম—প্রাকৃত জগৎকী মকোক ওইবা লোক, ব্রহ্মপদ, বৈহাযসানাম—বৈহয়স (উচেক অমদি সিদ্ধিশিং) কৌবা জীবশিংগী, উত—হাযনৈ, যৎ—মতু; বিহারম্—শান্নফম, অষ্ট-আধিপত্যাম্—সিদ্ধি নীপান শীজন্নবা, গুণ সন্নিবায়ে—প্রাকৃত গুণ অতুমগী জগত্তা, সহ—লোযননা, এব লেপ্পমক; গচ্ছেৎ –চংকদবনি, মনসা—পুক্নীংগা (লোয়ননা); ইন্দ্রিয়ৈঃ—ইন্দ্রিয়শিং, চ—সু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, যোগী অমনা ব্রহ্মপদ নত্রগা উচেকশিংগী শান্নফম, নত্রগা অনিমানচিংবা অষ্ট (নীপান) সিদ্ধি নত্রগা মযম পুম্নমক্কী মপু ওইবা পান্নবা অতু ওইরবদি মমাঙদা হাযখিবা মওংদা দেহ থাদোক্নমদাই মতমদা মাগী পুক্নীংনা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা যোগীতুগী অপাম্বা লোক অতুদা ভোগ তৌবনবগী চংলী।

নৈনবোল

মথক কাখৎ-কাখৎলগা লৈবা লোকশিংদা ইন্দ্রিয়বিষয় ভোগ তৌবগী নুংঙাইবদি মখা থাবা লোকশিংদা নুংঙাইবদগী শকক লীশিং লীশীং হেল্লী। খ্বাইদগী মথক্ কানা ৱাংবা লোকশিংদা ব্রহ্মলোক অমসুং ধ্রুবলোক কুম্বা লোকশিংনি, মখোযতু মহর্লোক-তগী মথক্তনি। হাযরিবা লোকশিংসিদা লৈবা জীবশিংদি অষ্ট-সিদ্ধিগী শক্তি চেনবা ঙাক্তি। মখোয়তুদি যোগ সিদ্ধি মযামতু ঔডাইবা হায়বা লৈত্রে, মখোযদি লৈচেং মক পীশক্কুয়া পীকপা ঙম্মী (অনিমাসিদ্ধি) অতুগা যাম্না যাংবা উচেক মতু অমদগী হেন্না য়াংবা ঙম্মী (লঘিমা সিদ্ধি), মফম খুদিংদগী করিগুম্বা অমা যংনবা তৌদে (প্রাপ্তি সিদ্ধি), খ্বাইদগী লুম্বা ঙম্মী (মহিমা-সিদ্ধি), অঙকপা থবক অমা পুথোকপা নংত্রগা হেক্ নীঙলকপগা মাঙহনবা ঙম্মী (ঈশিত্ব সিদ্ধি), ভৌতিক বস্তু পুম্নমকপু খুতুম চনবা ঙম্মী (বশিত্ব-সিদ্ধি), অনীংবা খুদিংমক থুংবগী শক্তি চেল্লী (প্রাকাম্য

সিদ্ধি), অদুগা লৌনীংবা শক লৌবা ওন্মী (কামাবসায়িতা-সিদ্ধি)। হায়রিবা সিদ্ধিশিংসিদি অৰাংবা লোকশিংদা লৈবা পুন্নমক্কী মশাদা অদুম ফংবা সুবিধা ওাক্লি। মখোয়না শূন্যং অহাওবা চৎপদা মেছিন্গী মতেঙ চঙদে, অদুগা মখোয়না মতম খজিক্কুগী মনুংদা লোক অমদগী লোক অমা তান্না কোয়বা ওন্মী। মর্ত্যবাসীশিংদি মেছিন্গী মতেঙ হায়বদি হরা-জহাজ নৎত্রবদি মাগা খাইদগী নকৃপা লোক অদুদা ফাওবা মরম্নাই চৎপা ওমদে। অদুগা অৰাংবা লোকশিংদা লৈরিবশিংদি য়াম্না লায়না তৌনীংবদা তৌবা ওন্মী।

সংসারী অমনা লোক অতৈশিংদা লৈরিবা খঙনীংবা মরম্না মহাক মশামক্তা লোকশিংদুগী পোৎ অদু উনীংঙী। থিজনগনবা মীতাশিংনা লম লমগী মশক হকথেংননা খঙনবা হায়দুনা পৃথিবী পুম্না কোয়বগুম্না বুদ্ধি-ৰাৎপা পরমার্থীশিংনা মানা অস্থক য়াম্না তোয়না তারবা গ্রহলোকশিংগী অঙকপা ময়ামদু হকথেংননা খঙননবা হোৎনবা পাম্মী। অদুবু যোগীদি মাগী হৌজিক লৈবা প্রাকৃত মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা মফমশিংদুদা চৎলগা মাগী নীংবা থুংহনজবা ওন্মী। প্রাকৃত মন অমনা মরু ওইনা পাম্বদি প্রাকৃত জগৎসিবু খুদুম চনবনি। সিদ্ধি ময়ামসিনি পৃথিবী খুদুম চন্বগী খুদমদি। ভক্তশিংদি তুংকোইদবা অঙক-পোৎপু খুদুম থোইনা চন্নীংদে। অদুগী মহূত্তা ভক্তনা মহাক মশাবু সর্ব্বনিয়ন্তা ভগবান্না খুদুম চন্বা পাম্মী। সর্ব্ব-নিয়ন্তা ভগবান্বু সেবা তৌনীংবা হায়বদুদি চিন্ময় ওইবা থবক্নি, অদুনা ভক্তনা পূর্ণাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং মক্তবা হায়বা ফংনীংঙী মদু ওইরবদি মহাক চিন্ময় রাজাদা চঙবা য়াগনি। প্রাকৃত মন পুদুনা কনামতনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী খাইদগী হেন্বা লোক অদু ফাওবদি য়ৌবা য়াই, অদুগা ভগবান্গী ধামদদি য়ৌবা য়াদে। ইন্দ্রিয়শিংবু চিন্ময় ওইনা শেংলে হায়বদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা শীজন্নদবা মতমদা হায়বনি। ইন্দ্রিয়শিংগী থবক পীদবা য়াদে, অদুনা ভগবান্গী চিন্ময় ওইবা প্রেম-সেবাদা মপুঙ ফানা শীজন্নববা ইন্দ্রিয়শিংদি সংসারগী রোগনা মোৎহনবা ওমদে।

শ্লোক ২৩

**যোগেশ্বরাণাং গতিমাহুরন্তর্বহিস্ত্রিলোক্যাঃ পবনান্তরাত্মনাম্ ।**
**ন কর্ম্মভিস্তাং গতিমাপ্নুবন্তি বিদ্যাতপোযোগসমাধিভাজাম্ ॥২৩॥**

যোগ-ঈশ্বরণাম্—যোগী মকোকশিংগী; গতিম্—পম্থুং; আহুঃ—হায়নৈ; অন্তঃ—মনুঙ; বহিঃ—মপান; ত্রিলোক্যাঃ—লোক মরোল অহুমগী; পবন-অন্তঃ—নুংশিৎকী মনুঙ; আত্মনাম্—সূক্ষ্মশরীরগী (অকুপ্পা হকচাঙগী); ন—নত্তে; কর্ম্মভিঃ—সকাম কর্ম্মনা; তাম্—মদু; গতিম্—খোঙথাং; আপ্নুবন্তি—ফংঙী; বিদ্যা লাৎপা (উপাসনা); তপঃ—তপ; যোগ—অষ্টাঙ্গ যোগ (যোগ নীপাল); সমাধি—জ্ঞান; ভাজাম্—ভজন তৌবশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উপাসনা, ভগবদ্ধর্ম্ম, অষ্টাঙ্গ যোগ, সমাধি জ্ঞান-বু ভজন তৌবা মখোয়, নুংশিৎ মনুঙদা মখোয়গী লিঙ্গ শরীর (অকুপ্পা হকচাঙ) অদুবু থম্লগা লোক মরোল অহুমগী নুং-পান অনীমক্তা চৎপা ওম্বা মখোয়—হায়রিবা যোগেশ্বরশিংনা ফংবা গতি (পম্থুং) অদু সকাম কর্ম্মীশিংগী কর্ম্ম।পুন্নমক শুনা তৌরবা ফাওবদা ফংবা য়াদে।

নৈনরোল

প্রাকৃত বৈজ্ঞানিকশিংনা মেছিনগী দোলাই তোংলগা অতৈ লোকশিংদা য়ৌনবা হোৎনরিবসি ওন্ম-রোইদৌবা পোৎনি। অদুনকপু মীনা পুণ্য কর্ম্ম তৌরগা স্বর্গ লোক য়ৌবা য়াই, অদুবু অদুগুম্বা সংসারগী কর্ম্মনা নৎত্রগা মেছিনগী পাম্বেনা স্বর্গ নৎত্রগা জনলোক হায়বদুদগী হেন্দোক্না চৎপা ওম্বগী আশা তৌবা ওমদে। যোগীশিংদি স্থূল (অপোবা) শরীর (হকচাঙ) হায়বদুগা মন্নী লৈনত্রবনিনা লোক অহুমগী নুং-পান

অনীমক্তা কোয়চৎ চৎপা ঙম্মী। মখোয়না প্রাকৃত জগৎকী মনুংদা মহঃ জনঃ-তপঃ-সত্যলোক-ফাওবদা কোয়চৎ চৎপা ঙম্মী, প্রাকৃত জগৎকী ৱাংমদা লৈবা বৈকুণ্ঠলোকশিংদসু অপন অৱাক লৈতনা চৎপা ঙম্মী। অসিগুম্বা মহাকাশচারীদি নারদ মুনিসু অমনি। অদুগা দুর্ব্বাসা মুনিনা অসিগুম্বা যোগেশ্বর অমনি। উপাসনা, তপঃ, অষ্টাঙ্গ যোগ অমদি পারমার্থিক জ্ঞানগী পাঙ্গল্না মীপুম খুদিংমক নারদ মুনিগুম অমদি দুর্ব্বাসা মুনিগুম মহাকাশদা কোয়চৎ চৎপা ঙমগনি। দুর্ব্বাসা মুনিনা প্রাবৃত আকাশ পুম্নমক অদুগা চিন্ময় আকাশগী মচেৎ অমগদা কোযরুবদা চহী অমতমক চঙঙী হায়নৈ। যোগীশিংনা চৎপা খোঙথাংগী য়াঙবা মযাঙ অদু স্থূল অমদি সূক্ষ্ম সংসারীশিংনা য়োৌবা কদৌৌঙৈদসু ঙম্মোই।

শ্লোক ২৪

**বৈশ্বানরং যাতি বিহায়সা গতঃ সুষুম্নয়া ব্রহ্মপথেন শোচিষা।**
**বিধূতকল্কোঽথ হরেরুদস্তাৎ প্রযাতি চক্রং নৃপ শৈশুমারম্॥২৪॥**

বৈশ্বানরম্—মৈ কৌবা লাই; যাতি—চৎলী; বিহাযসা—আকাশগী লম্বীদা (স্বর্গগঙ্গা, ছায়াপথ); গতঃ চৎলী, সুষুম্ণা--সুষুম্না কৌবা শিংলীনা; ব্রহ্ম–ব্রহ্মলোক, পথেন– লম্বীদা; শোচিষা -ঙালহন্দুনা; বিধৃত চামথোক্লুবা, কল্কঃ– অমোৎপা, অথ—অদুগী তুংদা, হরেঃ—শ্রীহরিগী; উদস্তাৎ– মথক্লোমদা, প্রযাতি থুংঙী; চক্রম—চক্র (অকোযবা), নৃপ—হে ইনিংথৌ, শৈশুমারম—শৈশুমার কৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌ, কর্ম্মীশিংনা শিবগা অহানবদা আকাশগী লম্বীদা ব্রহ্মলোকতা চৎনবা লম্বীগী মশক ওইবা অঙানবা সুষুমণা নাড়ীগী মতেঙনা বৈশ্বানর কৌবা মৈগী লোক অদুদা চৎতুনা অমোৎপা পুম্নমক চামথোক্লগা অদুদগী ভগবান্ শ্রীহরিগী মরী লৈনকনবা শিশুমার চক্র য়ৌনবা অমুক বাংখৎনা চৎখৎলী।

নৈনরোল

ব্রহ্মাণ্ডগী ধ্রুবতারা অমসুং মদুগী চক্রদু শিশুমার চক্র কৌই, চক্রসিগী মনুংদা ভগবান্‌গী (ক্ষীরোদ-কশাযী বিষ্ণুগী) লৈফম লোক অদু লৈ। মযমদু য়োদ্রিঙৈদা যোগীনা ব্রহ্মলোক য়ৌননবা স্বর্গগঙ্গা (*The Milky Way*) লান্দুনা চৎলী, মযমদু চৎপদা অহানবদা মহাৱা মৈবু লাল্লিবা মযম বৈশ্বানর-লোক য়ৌই। বৈশ্বানর লোক অসিদা যোগীনা প্রাবৃত জগৎকা শম্নরুবগী যংলকপা পাপ পুম্বা পুঙশেং শেংনা চামথোক্তুনা কোকই। ব্রহ্মাণ্ডগী খ্বাইদগী ৱাংবা লোক ওইবা ব্রহ্মলোক য়ৌনবা লম্বীদি স্বর্গগঙ্গাদুনি হায়না মযমসিদা উৎলি।

শ্লোক ২৫

**তদ্বিশ্বনাভিং ত্বতিবর্ত্য বিষ্ণোরণীয়সা বিরজেনাত্মনৈকঃ।**
**নমস্কৃতং ব্রহ্মবিদামুপৈতি কল্পায়ুষো যদ্ বিবুধা রমন্তে॥২৫॥**

তৎ—মদু; বিশ্ব-নাভিম্– বিশ্বমূর্ত্তি ওইবা ভগবান্‌গী খোয়দৌ, তু—তৌইগুম্সসুং; অতিবর্ত্য—লাম্বো-ক্লুনা; বিষ্ণোঃ—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী, অনীয়সা—যাম্না কুপ্পনা; বিরজেন– মোঙবা; আত্মানা--লিঙ্গশরীরনা; একঃ–মথন্তুমক, নমস্কৃতম্—খুরুমজবা; ব্রহ্মবিদাম্– ব্রহ্ম-খঙবা মীশিংগী; উপৈতি--যংগনি; কল্প আয়ুষঃ—সৌরবর্ষ ৪,৩০০,০০০,০০০ গী মতম লীশাঙ; যৎ – মযমদু; বিবুধাঃ—আত্মউপলব্ধি তৌরবা মীশিংনা; রমন্তে--নুংঙাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিশুমার অসি বিশ্বব্রহ্মাণ্ড লোইনমক্কী উঙনবা চৈ ময়োননি; মসিবু বিষ্ণুগী (ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুগী) খোয়দৌ কৌই। যোগীতনা শিশুমার-চক্রসি লাম্বোক্লুনা ভৃগুগুম্বা বিশুদ্ধত্তি ওইরবা যোগীশিংনা সৌরবর্ষ ৪,৩০০,০০০,০০০ শাংবা পুন্সি লেনযম মহর্লোক হায়বত্থু য়ৌই। লোক অসি ব্রহ্মবিদ্ ওইবা মীতাশিংগী লাৎনফমনি।

শ্লোক ১৬

**অথো অনন্তস্য মুখানলেন দন্দহ্যমানং স নিরীক্ষ্য বিশ্বম্।**
**নির্যাতি সিদ্ধেশ্বরযুষ্টধিষ্ণ্যং যদ্ দ্বৈপরার্দ্ধ্যং তদু পারমেষ্ঠ্যম্ ॥২৬॥**

অথো—অদুগী তুংদা; অনন্তস্য—ভগবান্‌গী চেপযম ওইবা অনন্তদেবগী; মুখ-অনলেন—য়াদগী থোরকপা মৈনা; দন্দহ্যমানম্—চাক্লুনা উৎ ওইরবা; সঃ মহাক; নিরীক্ষ্য—উরদুনা; বিশ্বম্ বিশ্ববু; নির্যাতি—চৎথি; সিদ্ধেশ্বরযুষ্টধিষ্ণ্যম্—১৫,৪৮০, ০০০,০০০,০০০ শাংবা সৌরবর্ষ; তৎ- মদু; উ--অরাংবা; পারমেষ্ঠ্যম—ব্রহ্মাগী লৈফম সত্যালোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী পুঙলোয় লোইবা মতমদা (ব্রহ্মাগী আয়ু লোইবা মতমদা) অনন্তদেবগী য়ানুংদগী (ব্রহ্মাণ্ডগী মনীঙদগী) মৈরি অমা থোবকই। যোগীনা ব্রহ্মাণ্ডগী লোক পুম্বা উৎ ওইনা তুরকপদো উই, অদুগা বিশুদ্ধ আত্মাশিংনা শীজন্নবা বায়ুরথ তোংদুনা সত্যলোক তান্না চৎলি। সত্যলোকবাসীগী পুন্সিদি চহী ১৫,৪৮০,-০০০,০০০,০০০ না ওই।

নৈনরোল

মহর্লোকবাসীশিংদি বিশুদ্ধ জীবাত্মাশিংনে দেবতাশিংনা সৌরবর্ষগী চহী ৫,৩০০ ০০০,০০০ বোম পুন্সি হায়বত্থু অদুগা মখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডগী মতোল তেলেন্ ওইবা সত্যলোক হায়বদুদা চৎননবা বায়ুযান (এরোপ্লেন্) লৈ হায়বসি মফমসিদা উৎলী। অমরোমদা হায়বগা, শ্রীমদ্ভাগবতম্না ঐখোয়দগী য়াম্না লাপ্পা লাপ্পা লৈরিবা গ্রহলোক ময়ামগী লংলা-লংজিন ঐখোয়দা পীরি। হায়রিবা গ্রহলোকশিং য়েৌবা হৌজিক-কালগী প্লেনশিংনা ঙমদে। শ্রীমদ্ভাগবতমগী বচনশিংসি শ্রীধর স্বামী, রামানুজাচার্য্য অমসুং বল্লভাচার্য্যগুম্বা অচৌবা আচার্য্যশিংনা লৌই। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু ছিত্র-চেন্দবা বেদগী প্রামাণিক ওইবনি হায়না লৌই; মবমসিনা বেদ-খোমজল্লবা ব্যাস মুনি কৌবা অদুগুম্বা মপাবুংগী মতৌ তম্বা আত্ম-উপলব্ধি যংলবা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্বনিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী বচনশিংবু বুদ্ধি তাবা মীনা থওই-দবা ঙমদে। ভগবানগী সৃষ্টিদা অঙক অঙবপা পোৎ য়াম্না লৈ, মখোয়দু ঐখোয়গী মীৎনা অহিং ফুংথিল অনামক্কা উবা ফঙী; অদুবু হৌজিকাল প্রাকৃত বিজ্ঞানগী মতেঙনা অঙকপাশিংদুগী মফম তান্না চৎপা ঙমদে। মরম অসিনা প্রাকৃত বিজ্ঞান্না লাম্বা যংবগী রাংমদা লৈরিবা পোৎ থঙননবগীদমক প্রাকৃত বিজ্ঞানগী রা মচেৎ মকাইদমক খঙবা বৈজ্ঞানিকশিংগী রা থাজরুবা য়াদে। মীচম অমগী মফমদদি আধুনিক বিজ্ঞান অমসুং বৈদিক জ্ঞান অনীমক লৌনঙাই ওই মরমদি আধুনিক বিজ্ঞান অমসুং বৈদিক জ্ঞানগী রা পুম্নমক মীচম্না চুম্বরা লানবরা হায়বা ঙমদে। অদুনা মীচম অমনা তৌগদবা হায়ববু অনীগী মরক্তা অনবু থাজবা অমা নত্রগা অনীমক থাজবা অমা— অসিতনি। অদুম ওইনমক বৈদিক মওংদা থঙবনা অওইবা ওইগনি মরমদি শ্রদ্ধা লৈবা অমদি লাইরিক হৈবা ওইবতা নত্তনা মায়াবদ্ধ জীবগী ছিত্র কুমতা য়াওদ্রবা মুক্ত-আত্মা ওইবা আচার্য্যশিংনা বৈদিক মওংসি লৌরম্লে। আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংদি 'অল্লাল-অদুই চেন্দবা ঙমদে; মবমসিনা অচৌবা আচার্য্যশিংনা য়াররা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গুম্বা বৈদিক সাহিত্যগী অওইবা বচন অদু লৌবনা শোয়দবা ওইগনি।

শ্লোক ২৭

**ন যত্র শোকো ন জরা ন মৃত্যুর্নার্ত্তির্ন চোদ্বেগ ঋতে কুতশ্চিৎ।**
**যচ্চিত্ততোঽদঃ কৃপয়ানিদংবিদাং দুরন্তদুঃখ প্রভবানুদর্শনাৎ ॥২৭॥**

ন—নত্তে; যত্র—মফমদুদা লৈ; শোকঃ—কাযনমৈচাক; ন নত্তে; জরা—হন্নরকপা মতাঙ; ন—নত্তে; মৃত্যুঃ—শিবা; ন—নত্তে; অর্ত্তিঃ—নাহেবা; ন—নত্তে; চ—অমসুং; উদ্বেগ—লাংতকপা; ঋতে—নত্তনা; কুতশ্চিৎ—করি কবিগুম্বদা; যৎ মরম্না, চিৎ—খঙবা; ততঃ—মরমদুনা; অদঃ—(অরাবদা তাবা মীগীদমক) মুংশিবিবা; কৃপয়া চানবিদুনা; অন্ ইদম্-বিদাম্- ভগবদ্ধ্যানগী মরোল খঙদবশিংগী; দুরন্ত - লাম্বোক-রাবা; দুঃখ অৱাবা, প্রভব --হন্না হন্না পোকপা অমসুং শিবা; অনুদর্শনাৎ— মথঙ মথঙ উবা মরম্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্যলোক অদুদা কায়ন মৈচাক হায়বদু লৈতে অদুগা হন্নরকপা হায়বদু লৈতে অদুগা শিবা হায়বদুসু লৈতে। চৈনাখোনগী নাহেবা হায়বদুসু লৈতে, মরমদুনা খোয়বাঙবা হায়বদুসু লৈতে। অদুগা ভগবদ্ধ্যানগী মরোল খঙদবা অমসুং প্রাকৃত জগৎতা লাম্বোক ঙমদবা অৱাবা নংলিবা জীবশিংবু উকবদগী মুংশিবিকবা হায়বদুদংদি মফংঙী।

নৈনবোল

যুষ্মান্ কৈবানগী পূকচেন্দা তাউবিবা অপঙবা মীশিংনা মহাজনশিংনা মথঙ মথঙচংথনরক্লিবা জ্ঞান অদু লৌদুনা চৎকে হায়দে। বৈদিক জ্ঞান হায়বসিদি মহাজনশিংনা য়ারবনি অদুগা চাংয়েং তৌদুনা ফংলকপা নত্তে, অখঙবা মহাজনশিংনা ব্যাখ্যা তৌববা বৈদিক সাহিত্যগী অংহইবা বচন দগী ফংবা ঙাক্তনি। লাইরিক -হৈবা পণ্ডিত অমা ওইরগতা বেদগী বচনশিংগী অর্থ খঙবা ঙম্মোই; গুরু পরম্পরা নাইনা বৈদিক জ্ঞান ফংলবা মহাজন অমগী মফমদা চঙজগদবনি, য়াকমসি শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা তাক্লী (৪।২)। শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লিবা জ্ঞানযোগসি সূর্য্যদেবদা তাকখি, অদুদগী সূর্য্যদগী মথঙ মথঙ শিষ্য পরম্পরা নাইনা চৎথবগী মওংদা সূর্য্যদেবদগী মচানুপা মনুদা পীথে, মনুদগী (রামচন্দ্রগী মবুধৌ পুরেন নাককৃপা) ইক্ষ্বাকু নিংথৌদা পীথে; মতৌ অসুম্না মহর্ষি পবেংগী মরক্তা মথঙ মথঙ ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লরগা পীথনবকপনি। অদুবু মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না পবেং অসি তংখি, মরমদুনা জ্ঞানসিগী অচুম্বা মওংদু অমুক হনজল্লকবা হায়দুনা জ্ঞান অসি অর্জুনগী মযমদা তাকখি; মরমদি অর্জুনদি ভগবান্‌গী বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইবনা জ্ঞান অসি খঙবগী মতীক চাবা পাত্র অমা ওইরম্মী। অর্জুনমক্না খঙখিবা ভগবদগীতাগী জ্ঞান অদু ব্যাখ্যা তৌদুনা (ভগবদগীতা ১০।১২ ১৩) তাকখি, অদুবু ভগবদগীতাবু শেংনা খঙনবা অর্জুনম্না তৌবগুম অপঙবশিংনা তৌগে হায়দে। মদু তৌবগী মহুত্তা অপঙবশিংদুনা মবন্নাই ব্যাখ্যা পুথোকই, মখোয়গী ব্যাখ্যা অদুসু মখোয়না পঙবগুম অপঙবা মওংদা অদু থোরকই অদুগা খঙজদবা মীতাশিংবু হায়বদি শূদ্রশিংবু শেরাম্নবা মওংদা তাকশন্বী। বৈদিক বচনশিং খঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা কনাগুম্বনা মদু খঙগে হায়-রবদি মহাক ব্রাহ্মণ অমা ওইবা তাই, নিয়মসি কনাগুম্বা অমতনা বি,এ, নৎত্রবদি আইন তম্বা য়ারোই হায়বগী নিয়মবু চেংনা ঙাকপগুম ঙাক্কদবনি। মসিগুম্বা নিয়মসে কনাগুম্বগী চাংখৎ-খোঙথাংদা অথিংবা ওইদে, অদুবু করিগুম্বা বিদা অমা লোইনা খঙবা তারগদি নিয়ম অসি লৈতবা য়াদে। মতীক চাবা ব্রাহ্মণ নত্তবা মীতাশিংনা বৈদিক জ্ঞান বু লান্না তাকই। মতীক-চাবা ব্রাহ্মণ হায়বদি অশেঙবা গুরু অমগী মফমদা ফজনা হৈননবা তম্না মহাক অদুনি।

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা ঐখোয়গগী মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধতু খঙননবা অদুগা খঙবদুগী মতুং ইন্না তৌরগা ভগবান্‌গী নাক ইথুমদুদা হন্না চৎনবগী লমজিং অদু বৈদিক জ্ঞান অদুনা ঐখোয়না পী। অদুবু সংসারীশিংনা ৱাসি খঙদে। মখোয়না পাম্বদি নুংঙাইব-লৈতবা মফমদা নুংঙাইনবগী থৌৱাং তৌবা পাম্মী। ওইদবা নুংঙাইবা হায়বা অদুগীদমক মখোয়না গ্রহলোক অতৈদা বৈদিক কর্ম্মনা নৎত্রগা বায়ুরথনা পাস্বে ওইদুনা য়োননবা হোৎনৈ। অদুবু মখোয়না খঙফম থোকপদি অৱাবগী মহুম ওইবা মফমদা প্রাকৃত ৎইবা পোৎকী পাম্বেনা নুংঙাইনবা অদুক্কী মতীক তৌবনা শেরাম্মনা-লমজিংবিরবা মীগী করিমতা কাম্নরোয় হায়বসিনি। মবমদি লক্ষা তৌগে হায়বমখৈ তৌরবসু বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নসিগী প্রলয় মতম অমদা শুকশোয় শোয়দনমক ওইরগদবনি। মতু ওইরবদি প্রাবৃত ৎইবা পোৎকী পাম্বেনা নুংঙাইনবগী থৌৱাং পুম্নমক লোয়রক্কদৌরিবনি। মরমতুনা জ্ঞান-তাবা মীনা ভগবানগী নাক মথুমতুদা হন্নবগী থৌৱাং তৌই। অসি-গুম্বা জ্ঞান তাবা মীদি সংসারগী মৈচাক পুম্নমক হাযবদি পোকপা, শিবা, অনা অয়েক অমদি হন্নবকপা অসিদগী নাম্থোকই। মহাক্তি তশেংনা নুংঙাইবে মরমদি সংসার-বিষয়গী চিন্তা লৈতে। অদুমদি ওইরগা মিনুংশি-খঙবা অমা ওইনা অবাবা নংলিবা সংসারীশিংগী নুংঙাইতবা উরগা নুংঙাইতে। মরমতুনা মহাক্না সংসারীশিংদা ভগবান্‌গী নাক যৌদবা য়াদবনি হাযবসি তাকপীনবা হায়তুনা সংসারীশিংগী মমাঙদা হেক হেক লেপ্লে। ভগবান্‌গী নাক যুমদা হনবগী পাওমেল অসি অশেঙবা আচার্য্যাশিংনা পীনবী, অমসুং নুংঙাইতবগী লমদা নুংঙাইবা ফংনবগী ওইদবা থৌরাং তৌফদে হাযতুনা মীশিংদা চকশনহন্নী।

শ্লোক ২৮

**ততো বিশেষং প্রতিপদ্য নির্ভয়স্তেনাত্মনাপোঽনল মূর্তিরত্বরন্।**
**জ্যোতির্ময়ো বায়ুমুপেত্য কালে বায়্বাত্মনা খং বৃহদাত্মলিঙ্গম্ ॥২৮॥**

ততঃ— অদুগী তুংদা, বিশেষম থোইদোক্না; প্রতিপদ্য যংদুনা; নির্ভয়ঃ- অকিব লৈতবা; তেন মতুনা; আত্মনা—আত্মানা; আপ —ঈশীং; অনল—মৈ; মূর্তি —মওং; অত্বরন —হেন্দোক্নুনা, জ্যোতিঃ ময়ঃ মঙান চেনবা, বায়ুম্—নুংশীৎ; উপেত্য—য়ৌদুনা; কাল—মতম চানা, বাব নুংশীৎ; আত্মনা আত্মানা; খং —অতিয়া; বৃহৎ— অচৌবা; আত্মলিঙ্গম আত্মাগী মূর্তি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্যলোক যৌববা তুংদা অকিবা লৈত্রবা যোগীদুনা পৃথ্বীতত্ত্বদগী ঈশীং-মূর্তি যংঙি, অদুদগী মঙান্‌গী মশক ওইবগা বায়ুবু (নুংশীৎ) যংঙি। অদুদগী ভোগ তৌবা লোয়বগা বায়ু (নুংশীৎ) অদুগী মশক ওইনা পরমাত্মাগী স্বরূপ ওইবা আকাশ রূপ অদু যংঙি।

নৈনবোল

ব্রহ্মলোক হাযবদি সত্যলোক য়ৌরগা কনাগুম্বনা মাগী সিদ্ধি অমসুং অভ্যাসগী মতেঙনা সিদ্ধি মথল অহুম যংনবগী মতৌকচবা ওইজে। কনাগুম্বনা মাগী পুণ্য কর্ম্মগী ফল ওইনা থোইদোকপা লোক অমা ফংলবা অদুগুম্বা মীদি মাগী পুণ্য কর্ম্মশিংগী চাংদা মতুং ইন্না মফম থরা ফংঙি। বিরাট হায়বদি হিরণ্যগর্ভবু লাংচরগা মানা ফংলিবা মফমদু ফংবা ওইরবদি মহাক ব্রহ্মানা ফংবগুম্না মোক্ষ ফংঙি। অদুবু ভক্তিযোগগী ফল ওইনা মফমদু ফংবা ওইরবদি মতু যংলিবা মীদুবু মফমসিদা থোইদোক্না হায়রিবনি; হায়বগী মতাঙদি মীদুনা মতৌ ফরম্না ব্রহ্মাণ্ডগী আবরণ মথল ময়াম লৈরিবসিদা ফাওজন্দুনা চঙবনো হায়বগী মর্মীদমি; অদুনা আবরণ ফাওজল্লবা মতুংদা কাইনথংদা পরম ধামদা মাগী অওইবা চিন্ময় ওইবা শরীর অদু কোওদোকল্লি।

শ্রীলজীব গোস্বামীগী রা মতুং ইন্না, ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক পুল্লপ্পা মথক মখা নাইনা পৈতুনা লৈবনি অদুগা মখোয় খুদিংমক তোঙান্-তোঙান্না আবরণ তরেৎনা কুপশল্লি। ঈশীংগী শক্লক্ত আবরণ তরেৎকী রাংমদনি, অদুগা আবরণ খুদিংমক মমাঙ থংবা আবরণ অদুদগী শক্লক তরা হেন্না পাকয়ি। ব্রহ্মাণ্ড ময়ামমসিবু সোর্-হোন্ অমুক্কী মতমদা সৃষ্টি তৌরিবা পরমেশ্বর ভগবান্দি ব্রহ্মাণ্ড মপৈসিগী মথক থংবা মফমদা লৈ। কারণ-সমুদ্রগী ঈশীংদি ব্রহ্মাণ্ডগী আবরণ ওইবা ঈশীংদগী তোঙান্না লৈবনি। ব্রহ্মাণ্ডগী আবরণ ওইবা ঈশীংদি প্রাকৃতনি, অদুগা কারণ সমুদ্রগী ঈশীংনা চিন্ময়নি (প্রাকৃত নত্তবনি)। মতৌ অসুম ওইবনা, মফমসিদা পল্লিবা ঈশীংগী আবরণসি জীবাত্মা পুম্নমক্কী অহঙ্কার কৌবা অসৎ আবরণ অদুনি হায়নৈ। মফমসিদা পল্লিবা মোক্ষ মথঙ মথঙ ওইরকপগী মওংসি স্থুল ওইবা হকচাঙগী অহঙ্কার কৌবা আবরণ ময়ামদগী মথঙ মথঙ নাম্থোরকপগী (মোক্ষ ওইরকপগী) মওংনি। অসুম্না নাম্থোরকপনা মতুংদা সূক্ষ্মশরীরদা (লিঙ্গশরীর-দা) লৈবনা ভগবান্গী পরম ধামদা শুদ্ধ চিন্ময় মূর্ত্তি ফংদ্রিবফাওবা লৈ।

প্রকৃতিগী শক্লক অমদি ভগবান্না হৌদোরকপা মতুঙদা মহত্তত্ত্ব হায়না খঙনৈ হায়বসি শ্রীল শ্রীধর স্বামীনা হায়। মহত্তত্ত্বগী শক্লক মচেৎ অমবু অহঙ্কার কৌয়ি। অহঙ্কারগী শক্লক মচেৎ অমনা শব্দ (খোন্) ওই অদুগা শব্দগী শক্লক মচেৎ অমনা বায়ুনি (নুংশীৎনি)। বায়ুগী শক্লক অমা শক্লাইবা পোৎ ময়াম ওল্লী অদুগা শক্লাইবা পোৎশিংসিনা নোংথাঙমৈ (বিদ্যুৎ) হায়বদি মৈশা ওইরকই। মৈশাসিনা পৃথিবীগী মনম (গন্ধ) পুথোকই, অসিগুম্বা মনম্না পৃথিবী থোকহল্লী। ময়ামসিনা পুল্লপ তিল্লগা বিশ্ব-সৃষ্টি ওইবনি। বিশ্বজগৎসিগী পাক চাউবদি নাকল অনীমক্কী ব্যাসরেখানা মাইল লক্ষকোটি (মহাপদ্ম) মরি ওইগনি। অদুদগী বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী আবরণশিংদু লৈবা হৌবে। অহান্বা আবরণ (মবোন) অদু মাইল নিযুত (লক্ষতবা) ৮০ পাকই হায়নৈ। মথঙ আবরণশিংদি মৈগী, জ্যোতিগী (মঙানগী), নুংশীৎকী, আকাশগী (*ether*-গী) মথঙ মথঙ লাকই, অদুগা আবরণশিংদু থংনা থংনবা অদুদগী শক্লক তবা তরা হেন্নৈ। অকিবা-খঙদবা যোগীনা আবরণ খুদিংমক ফাওজন্দুনা মমৈদা চিন্ময় বায়ু কৌবা লমদমদা য়ৌয়ি। মদুদগী যোগীদুনা বৈকুণ্ঠ লোক অমদা চঙভী, অদুগা ভগবান্গী মূর্ত্তিগা চপমান্নবা মূর্ত্তি অমা লৌই অদুগা ভগবান্গী সেবা তৌই। মদুনা যোগীগী পুন্সিগী থমথেংনা য়ৌরবা সিদ্ধিনি। থাক অসিদগী হেনবা অমা যোগীনা পাম্বা লৈতে।

শোক ২৯

**ঘ্রাণেন গন্ধং রসনেন বৈ রসং রূপং তু দৃষ্ট্যা শ্বসনং ত্বচৈব।**
**শ্রোত্রেন চোপেত্য নভোগুণত্বং প্রাণেন চাকূতিমুপৈতি যোগী ॥ ২৯ ॥**

ঘ্রাণেন –(মনম) নমদুনা, গন্ধম্ মনম, বসনেন—লৈয়েংনা (মহাও তংনবা ইন্দ্রিয়না); বৈ—চপ চানা; রসম্—মহাও; রূপম্—শক, চ—সু; দৃষ্ট্যা—উনবা ইন্দ্রিয়না (মীৎনা); শ্বসনম্—শম্নবা; ত্বচা—উন্সানা; এব—শুম্না; শ্রোত্রেণ—নাকোঙনা; চ—সু, উপেত্য—যংদুনা; নভঃগুণত্বম্—আকাশগী শক তাকপা; প্রাণেন—থরাইনা; চ—সু; আকূতিম্—প্রাকৃত ওইবা থবকশিং; উপৈতি—ফংভী; যোগী—যোগীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যোগী অদুনা নাতোম্না লৌগদবা মনম, লৈয়েংনা লৌগদবা মহাও, মীৎনা লৌগদবা শক, উন্সানা লৌগদবা শোকপা, নাকোঙনা লৌগদবা আকাশগী গুণ হায়বা শব্দ খোন, কর্মেন্দ্রিয়না (থবক তৌবা ইন্দ্রিয়শিংনা) লৌগদবা মাগী মাগী থবকশিংদু লাম্থোকই।

নৈনরোল

আকাশগী ৱাংমদা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী পঞ্চভূতনা ওইবা আবরণশিংগা মান্নবা অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) আবরণ লৈ। অপোৗবা (স্থূল) আবরণশিংসি সূক্ষ্ম কারণশিংগী আংশিক ওইবা মচাক্না ওইথংলকপনি। মরমতুনা যোগীনা স্থূল ওইবা মচাকশিংতু তুমখিবগা লোয়ননা নাতোম্না মনম লৌবগুম্বা সূক্ষ্ম কারণশিংবু থাদোকই। শুদ্ধ চিন্ময় ওইবা জীবাত্মা কৌবা মৈরীকপীতুনা মতৌ অতুম তৌতুনা প্রাকৃত ওইবা অমোংপা পুম্নমক কোক্লগা ভগবানগী ধামদা চেংবগী মতীক চাবা হায়বতু ওই।

শ্লোক ৩০

**স ভূতসূক্ষ্মেন্দ্রিয়সংনিকর্ষং মনোময়ং দেবময়ং বিকার্য্যম্।**
**সংসাদ্য গত্যা সহ তেন যাতি বিজ্ঞানতত্ত্বং গুণসংনিরোধম্ ॥৩০॥**

সঃ—মহাক (যোগী); ভূত—অপোৗবা; সূক্ষ্ম অকুপ্পা; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়শিং; সংনিকর্ষম্—লোইদগবা মফম (লয়স্থান): মনোময়ম্—পুক্নীংগী থাক; দেবময়ম্—সাত্বিক; বিকার্য্যম্—অহঙ্কার; সংসাদ্য—লাম্থোক্তুনা; গত্যা—চৎপগা; সহ—লোয়ননা; তেন—মতুনা; যাতি—চংলি; বিজ্ঞান—থোইদোকপা জ্ঞান; তত্ত্বম্—অওইবা রা; গুণ—প্রাকৃত গুণ (সত্ব-রজ-তম); সংনিরোধম্—মপুঙ ফানা লেপহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যোগীনা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম আবরণ-শিংতু লাম্থোক্লগা অহঙ্কারগী লমদমদা চংঙী। মতাংতুদা প্রাকৃত গুণ (তমঃ অমসুং রজঃ) অতুদা লুপ্পা অতুদগী সত্ত্বগুণগী অহঙ্কারগী লমদম য়ৌই। অতুদগী অহঙ্কার পুম্নমক মহত্তত্ত্বদা চংঙী অতুগা যোগীতুনা গুণ পুম্নমক্কী লোইফম প্রধান হায়বতুদা চংলী।

নৈনরোল

শুদ্ধ আত্মা উপলব্ধি হায়বা ঐখোয়না কয়ারক নৈনখ্রবা অতুদি কনাগুম্বনা মশাবু ভগবানগী সেবক (মনাই) ওইনা চঙজবগী শুদ্ধ ভাবনাতুনি। অতুনা ভক্ততুনা ভগবান্গী চিন্ময় সেবা হায়বা মশাগী হৌরকফমগী ওইবা ফীভমদা হনজল্লা লৈ। ৱাফমসি ময়েক শেংনা মতংগী শ্লোক অতুদা ব্যাখ্যা তৌরি। ভগবান্দগী অপাম্বা অমা লৈতবমখৈ ভগবানবু প্রেম সেবা তৌবগী মতাংসি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংসিনা বিশুদ্ধ ওইরবা অতুগা ইন্দ্রিয়শিংগী হৌরকফম ওইবা ফিভম অশেংবতু গ্রস্থক হল্লা ফংলবা মতমদা লাক্কদবনি। মফমসিদা তাক্লিবদি ইন্দ্রিয়শিংবু শেংদোকপগী মওংদি যোগীগী পাম্বৈনি হায়বদি অপোৗবা (স্থূল) ইন্দ্রিয়শিংবুনা তমঃ গুণ-দা লুপশনবা অতুগা অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) ইন্দ্রিয়শিংনা রজঃ গুণ-দা লুপ্পা অসিনি। পুক্নীংদি সত্ত্ব গুণগী পোংনি, মগমতুনা মাবু দেবময় হায়বদি লাইগী ওইবা কৌই। পুক্নীংগী পুমশেং শেংবা হায়বতুদি মীতুনা মহাক ভগবান্গী নিত্য সেবকনি হায়বদা চপযুংনা থাজরবদদা ওইথোকদবনি। মরমসিনা চুম্নতা সত্ত্বগুণদা লৈবা যংবা অতুসু প্রাকৃত গুণ অমনি। সাত্বিক অবস্থাসি লাম্থোক্তুনা অমসুং বসুদেব সত্ত্বগী মতাং য়ৌনবা হোৎনবা তারকই। বসুদেব-সত্ত্বসিনা যোগীতুবু ভগবান্গী রাজ্যদা চঙবদা মতেঙ পাংঙী।

মতাংসিদা ঐখোয়না নীঙশিংগদবা অমনা অসিনি মতুদি মথক্তা হায়রিবা মওংদা যোগীনা মথঙ মথঙ ওইনা মোক্ষ ফংবগী নিয়মসি, মহাজনশিংনা য়াবীরবসু, হৌজিক্কী মতমদদি মী অয়াম্বনা যোগাভ্যাস রা থঙদবা মরম্না, চংনবা য়াদ্রে। শেম্মান্নবা য়োকথংলিবা মীতাশিংনা য়োকথংলিবা যোগাভ্যাস অসি হকচাঙগীদমক্তি কান্নবা য়াই, অতুগা মতুনদি আত্মা মোক্ষ ফংনবগীদমক্তি নৈনরিবা শ্লোকসিদা পল্লিবা অসিগুম্বা কান্নবা যংলরোই। চহী লীশীং মঙাগী মমাংদা মীওইবা জাতিগী সমাজগী ফীভমতু বেদগী মতুং ইল্লিংগী মতমদা মফমসিদা নৈনরিবা যোগাভ্যাসসি মীপুম খুদিংগী সাধারণ ওইবা থবক অমা ওইরম্মী,

মরমদি ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈরিঙৈদা লাপ্পা লৈবা গুরুগৃহদা লৈরুরগা গুরুনা যোগ-শিক্ষাসি মীপুম খুদিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা ব্রাহ্মণ অমদি ক্ষত্রিয়দা পীরম্মী। হৌজিক্কালগী মীনদি যোগসি চপচানা খঙন-নবা মতীকচাবা হায়বত্থদি ওইদ্রে।

মরমত্থনা ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা হৌজিক্কালগী সাধক ভক্তশিংগীদমক যোগসি মথাগী মওংদা লায়থোক-হল্লম্লে। পোলোইগী ফলদি থোইনা খেন্নদে। ৱা মরু হায়ববু ভক্তি যোগগী মকোক ওইনা কাম্নবা করিনো হায়বত্থ ঐখোয়না খঙবা তাই। যোনি মথল মথলগী জীবশিংসি মখোয় মখোয়গী সকাম কর্ম্ম অমসুং কর্ম্মফল মতুং ইন্না দেহ তোঙান্ তোঙান্বা ফংনৈ। অত্থবু থবক মথল মথা পাঙথোকপদা কনাগুম্বনা ভক্তি-যোগগী শরুক খিত্তং ফংজরবদি ভগবৎ-সেবানা কয়ামুক কাম্নবগে হায়বত্থ ভগবানগী অমসুং গুরুগী অহৈ-তুকী (ওইজবা-থিদবা) কৃপানা মহাক খঙজবা ঙম্মী। মবুক শেংবা মীবু ভগবান্না গুরু অশেঙবা অমা থেংননবা তোৎনবদা মতেঙ পাংঙি, মরমদি গুরুদি ভগবান্গী প্রতিনিধিনি। অসিগুম্বা গুরুগী পাওতাক্না ঐখোয়না ভক্তিযোগগী বীজ (মন্ত্র) ফংঙি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাক্লম্বদি ভক্তনা ভক্তিযোগগী বীজত্থ মাগী থম্মোইদা হুন্নগা ভগবান্ নাম, যশঃ-নচিংবা শ্রবণ কীর্ত্তন হায়বা ঈশীংত্থ চাইরগা ভক্তি-বীজত্থ য়োকখৎকদবনি হায়বসিনি। অচম্বা সাধন অসিবু কনাগুম্বনা নিরপরাধ (নাম শোন্বনচিংবদা তৌবা অরান্বা অত্থ লৈতবা) ওইনা ভগবান্গী পবিত্র নামত্থবু শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌরবদি মহাক থুনমক মোক্ষগী থাক অত্থ য়োবা ঙমগনি। ভগবান্গী নাম কীর্ত্তন তৌবগী মতাঙ অহুম লৈ। অহান্বা মতাঙনা অপরাধগা লোয়নবা নাম-কীর্তন, অত্থগা অনীশুবা মতাঙনা নাম-কীর্ত্তনগা লোয়নবা ধ্যান হায়বত্থনি। অহুমশুবা মতাঙনা হরিনাম অত্থ নিরপরাধ ওইনা কীর্ত্তন তৌবনি। অনীশুবা মতাঙদা হায়বদি সাপরাধ অমসুং নিরপরাধ ওইবা মতাঙ অনীগী মরক্তা হায়বদি ধ্যানগী মতাঙদা মোক্ষ অত্থ মচানা তাবা ওইনা ভক্তনা যংঙি। নিরপরাধ ওইবা মতাঙদদি ভক্তত্থ য়েংবদদি প্রাকৃত জগৎকী দেহদা লৈরবসু ভগবান্গী রাজ্যদা চংঙি। নিরপরাধ ওইবা মতাঙসি যংননবা সাধক্না মথাগী মওংসিদা চেকশনগদবনি।

শ্রবণ-কীর্ত্তনগী মরমদা ঐখোয়না ৱা ঙাঙবা মতমদা ঐখোয়না পাম্বদি ভগবান্গী নাম রাম, কৃষ্ণ (নৎত্রগা নিয়ম নাইনা হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে হায়বা নাম তরাতন্ত্রক) অসি শোন্বা অমদি নংকোঙনা তাবদনা লোইবা নত্তে, ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতমত্থসু ভক্তশিংগী সভাদা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবা অসিনি। ভক্তিযোগগী অহান্বা সাধন্না জীবগী থম্মোইদা হুন্খিবা মন্ত্র (বীজ) অত্থবু ময়োন চোংহন্গনি, অত্থদগীদি চাং নাইনা ঈশীং চাইবিরগা মথক্তা হায়খিবগুম্না ভক্তিযোগ লতানা (উরীনা) হোম হোম চাওখৎলবপা হৌগনি। নিয়ম নাইনা য়োকখৎ-লগা লতাত্থনা কয়ামুক ৱাংখৎলকপগে হায়ববু কোম্বংদা মানা মমাঙগী শ্লোকশিংদা নৈনখ্রিবা ব্রহ্মাণ্ডগী আবরণ ময়ামত্থ ফাওদোক্তুনা ব্রহ্মজ্যোতি হায়বা আকাশ অত্থ য়োগনি, অত্থদগী অসুম চৎল-চৎলগা বৈকুণ্ঠলোক ময়াম লৈবা বৈকুণ্ঠ আকাশ (পরব্যোম) হায়বত্থ য়োগনি। হায়রিবা মগম পূম্নমকসিগী মথক্তা কৃষ্ণলোক হায়বদি গোলোক বৃন্দাবন হায়বত্থ লৈ, মফমত্থদা ৱাংখৎলক্লিবা ভক্তি লতাত্থনা চঙলগা আদি ওইবা পর-মেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দা লৈতারগনি। গোলোক বৃন্দাবন্দা ভগবান্ কৃষ্ণগী খুয়া-থম্বালত্থ য়োরবা মতমদা শ্রবণ কীর্ত্তন কৌবা ঈশীং চাইবগী নিয়মত্থগী অত্থগা শুদ্ধ ভক্তি পোক্লবা মতাঙদা পবিত্র হরিনাম শোন্বত্থগী মহৈ য়ান্গনি, অত্থগা ভগবৎ-প্রেম (ভগবান্বু হুংশিবা) কৌবা উহৈত্থ ভক্তত্থনা প্রাকৃত জগৎসিদা লৈন লৈনমক তশেংনা মহাও তংঙি। ভগবৎ-প্রেম হায়বা অমূন্বা উহৈশিংত্থবু মথক্তা হায়রিব-গুম্না ঈশীং চাইবগী থবক তৎতনা তৌরিবা ভক্তশিংনা মহাও তংঙি। অত্থগা অত্থম্না হৌগৎলক্লিবা ভক্তি-লতাত্থ থদৎতনবা সাধক ভক্তত্থনা য়াম্না চেকশনগদবনি। মরমত্থনা মহাক্না মথাগী ৱাকমশিংসি চেকশিন্না ঙাঙ্কদবনি :

১) শুদ্ধ বৈষ্ণব অমগী থুয়া খাদা তৌরুবা অপরাধদি ইংখোল্দা চঙলকপা থারিবা পোৎপু নৈহৎপা অঙাওবা শামুগা চাংদম্নবা য়াই।
২) ইংখোল কোইবা মীনা মানা থাজবা উরীবু শম্বল থাজন্দুনা ঙাকশেনবগুম্না সাধক অমনা বৈষ্ণব অপরাধ তৌদনবা চেকশিনগদবনি।
৩) ঈশীং চাইবদগী লতাগী মনাক্তা নাপী হৌরকপা য়াই, অদুনা নীঙথিনা মরুফুক্তা হাবেংঙ্গবদি লতা হায়বদি ভক্তিযোগ কৌবা লতাদু য়োকপদা অপনবা ওইগনি।
৪) তশেংবদি হায়রিবা নাপীসিদি মায়িক ভোগ. নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা লীন ওইবা (চঙদুনা অমতা ওইশনবা) অদুগা ধর্ম্মক্ষেত্রদা, অর্থ তানখৎপদা, ইন্দ্রিয় ভোগ তৌবদা অমসুং মুক্তি তানবদা পোকপা অপাম্বা ময়ামদুনি।
৫) শাস্ত্র মানিদবা, কান্নদবা থবক তৌবা, শা-ঙা হাৎপা, লম্থুম ইজ্জৎ-মান পাম্বনচিংবা ভক্তি-লতা হাৎপা নাপীশিংসিনু লৈ।
৬) চপ চাবা লৌযম থোকপা যতন অদু লৌব্রবদি ঈশীং চাইবদুনা নাপী হেন্না হৌবদদা মতেঙ ওইগনি অদু ওইরবদি ভক্তি লতা য়াংখৎলকপা ঙম্মোই অদুগা পোলোই ওইনা তানবা ভগবৎ-প্রেম কৌবা উহৈদু পাল্লোই।
৭) মবম্মসিনা ভক্ত অমনা চেবশিন্না তৌগদবদি মখল মখাগী নাপী হৌরক্লিবদু হেক হৌরকপগা অহানবদা মরু ঘংনা যুকতৎকদবনি। মদুম তৌরবদি ভক্তি লতানা তিনজং কাইঙংদবমখৈ হোম হোম চাংথৎ-চরকপদু মরক্তা শিরোই।
৮) মতৌ অদুম তৌদুনা ভক্তদুনা ভগবৎ প্রেম (ভগবানবু নুংশিবা) হায়বদু মহাও তংবা ঙমগনি অদুগা হন্দক-মপোক্তযাওবা শ্রীকৃষ্ণগা চাননা লৈবা ঙমগনি অদুগা খোঙথাং খুদিংদা ভগবানবু উবা ঙমগনি।

পুন্সিগী রাংলেন রাংনা মপুঙ ফাবা হায়বদুদি ভগবানগদা লোয়ননা তৎতনা লেনবা অদুনি। মসিগী মহাও খঙলবা মীদি মর্ত্ত্য অতৈদা চৎলগা প্রাকৃত জগৎকী তুংকোইদনা সুখভোগ অমতা পাম্মোই।

শ্লোক ৩১

**তেনাত্মনাত্মানমুপৈতি শান্তমানন্দমানন্দময়োঽবসানে।**
**এতাং গতিং ভাগবতীং গতো যঃ স বৈ পুনর্নেহ বিষজ্জতেঽঙ্গ ॥৩১॥**

তেন বিশুদ্ধ ওইরবা অদুনা; আত্মনা— আত্মানা, আত্মানম্— পরমাত্মাবু; উপৈতি— ফংঙী; শান্তম্— পোত্থাবা; আনন্দম পেনবা; আনন্দময়ঃ— মহৌশানা অদুম ওইবনা; অবসানে— মায়াগী অমোৎপা পুম্নমক কোক্লবদা; এতাম্— অসিগুম্বা; গতিম্— পম্বুং; ভাগবতীম্— ভক্তিগী ওইবা; গতঃ— ফংখিবা; যঃ— মহাক; সঃ— মহাক; বৈ— লেপ্পমক; পুনঃ— অমুক হন্না; ন— নত্তে; ইহ— প্রাকৃত জগৎসিদা; বিষজ্জতে— পুক্নীং-চিংখিবা, অঙ্গ— হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশুদ্ধ ওইববা আত্মাতনা মপুঙ-ফাবা নুংঙাইবদা অমদি মাগী স্বরূপ ওইবা ফীভমদা পেনবা হায়বদু যংদুনা পবমেশ্বর ভগবানগা লোয়নবা হায়বদু ফংঙী। ভগবানগী নাক য়ৌবা হায়বা পম্বুং অসি ফংবা ঙম্নবা মহাক অদুবু কদৌঙৈদসু মায়িক জগৎনা অমুক শুমহৎপা ঙম্মরোই, অদুনা মহাক অমুক হল্লক্রোই।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা য়াওরিবা 'গতিম্ ভাগবতীম্' বিবরণতু থোইদোক্না য়েংশনগদবা ওই। পরব্রহ্ম হায়বা পরমেশ্বর ভগবান্গী মঙোন্দা লুপশিনবা হায়বা— ব্রহ্মবাদী নিরাকারবাদীনা পামজবা গতি অদু—ভাগবতী গতি নত্তে। ভাগবতশিংনা (ভক্তশিংনা) ভগবান্গী মওং নাইদবা মঙান্দা লুপ্না হায়বদু কদৌঙৈদসু লৌ হায়বা য়াদে, অদুনা মখোয়দি পরব্যোমদা বৈকুণ্ঠলোক অমদা পরমেশ্বর ভগবান্গা লোয়নবদুদা পাম্মী। পরব্যোমগী মচেৎ অমনা প্রাকৃত আকাশ পুম্নমক্কা মান্নে, অদুগুম্বা পরব্যোমদা শীঙলাকঙমদনা বৈকুণ্ঠলোক কয়ামা লৈ। ভাগবত অমনা পামজবদি অদুগুম্বা বৈকুণ্ঠলোক অমদা চঙবনি; বৈকুণ্ঠ লোক খুদিংদা পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী ঙমখৈ-নাইদবা মশীংগী বিলাস অমদি প্রকাশগী ব্যুহগা লোয়ননা লৈরগা মাগী মশীংলাক-ঙমদবা ভক্ত ময়ামগা লোয়ননা নুংঙাইনৈ। মায়িক জগৎতা লৈবা মায়ালাংদা থুরবা জীবাত্মাশিংনা ভক্তি-মার্গ চৎতুনা অবান্ থুডম ফংলবা মতমদা বৈকুণ্ঠলোকশিংদা চঙহল্লী। অদুগা নিত্যমুক্ত ওইবা আত্মাগী মশীংনা মায়িক জগৎতকী মায়াবদ্ধ আত্মাশিংদগী য়াম্না য়াম্বা হেল্লী। অদুগা বৈকুণ্ঠলোকশিংদা লৈবা নিত্যমুক্ত ওইবা আত্মাশিংনা অরাবগী মশক ওইবা মায়িক জগত্তা হল্লক্লীংবগী রা লৈত্রে।

পরমেশ্বর ভগবান্গী নির্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিদা লুপ্না পাম্বা অদুগা দিব্যপ্রকাশদা পুরুষমূর্ত্তি লৌরিবা পুরুষোত্তম ভগবান্গী সেবা রাখল লৈতবা নির্বিশেষবাদীশিংদি তুরেলদা নৎত্রগা তুরেল মচাদা পোক্লগা সমুদ্র ঈপাক্তা লৈকবা ঙাগা চাদম্নবা য়াই। মখোয়না সমুদ্রদা মতম কক্তবমখৈ লৈবা ঙমদে, মরমদি মখোয়গী ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী খোরাংবনা মখোয় মরূম থুনবগীদমক তুরেন্দা হল্লকয়ি। মতৌ অসুম্না, সংসা-রীনা ঙমখৈ নাইবা মায়িক জগৎতা নুংঙাইনবা হোৎনবদা নীঙবা কায়রগা কারণ-সমুদ্রদা নৎত্রগা নির্বি-শেষ ব্রহ্মজ্যোতিদা চিন্দুনা মুক্তি থিবা য়াওয়ি। অদুবু, কারণ সমুদ্রনা নৎত্রগা নির্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিনা সঙ্গ তৌনবগী নংত্রগা ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী মহুৎ ওইবা য়াবা করিগুম্বা অমতা পীদবা মরম্না নির্বিশেষবাদী-দুনা ইন্দ্রিয় শীজন্নবগী মৃৎথৎয়াদ্রবা অপাম্বনা চিংখিবা মরম্না পোকপা-শিবগী চক্রগী লাংদা থুরুনবা ঙমখৈ-নাইবা মায়িক জগত্তা হন্না তাখৈ। অদুবু ভক্তিসেবাদা ইন্দ্রিয়শিংবু শীজন্নদুনা ভগবান্গী রাজ্যদা চঙলবা অদুগা মুক্ত জীবাত্মাশিংগা অমসুং ভগবান্গা লোয়ননা লৈরবা ভক্তবুদি মায়িক জগৎকী তুং কোইদবা পোৎ অমতনা চিংবা ঙমদে।

ভগবদ্গীতানসু (৮।১৫) রাফমসিমক হায়রি, মদুগী মতাংদা ভগবান্না হায়—"মহাত্মাশিং হায়বদি ভক্তি-যোগীশিংনা ঐবু ফংলবা মতুংদা অরাবনা থল্লবা অমদি তুংকোইদবা মায়িক জগৎসিদা অমুক হন্না লাক্তে।" পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্বা সিদ্ধিদি ভগবান্গী সঙ্গ ফংবনি, অতৈ অমা নত্তে। ভক্তিযোগীদি ভগবান্গী সেবাদা পুঙচঙ চঙলবনিনা জ্ঞান নৎত্রগা যোগ-নচিংবা অতৈ মার্গ অমতা পামদে। বিশুদ্ধ ভক্তদি ভগবান্গী পুরাপুরি ভক্তনি অতৈ করিমতা ওইদে।

ঐখোয়না মখা তানা খঙজনগদবদি শ্লোকসিদা য়াওবা 'শান্ত' অমসুং 'আনন্দ' হায়বা রাহৈ অনী-সিনি; মসিনা তাক্লিবদি ভগবান্গী প্রেম সেবানা মাগী ভক্তদা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা কৌবা বর অনীখক পীনবী। নির্বিশেষবাদীনা ভগবান্গা অমতা ওইবা পাম্মী, রাহৈ অমরোমদা হায়রগা মহাক পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবা পাম্মী। মসিদি মঙদা মংগ্রা তান্গুম্মী। হঠযোগীনা মাগী অথুপ্পা যোগশক্তি ময়াম নম্বো পোতুনা রাবা মরম্না শান্তিসু ফংদে আনন্দসু ফংদে, অদুগা ভক্তদি পূর্ণতম ভগবান্গা সঙ্গ তৌবা মরম্না শান্তি-আনন্দ পুম্বা ফংঙী। মরমসিনা ভগবান্গা অমতা ওইবা হায়বদুসু অদুগা যৌগিক শক্তি শীজন্নবসু ভক্ত অমনা নুকপাম পামদে।

পরমেশ্বর ভগবানবু মুংশিবা (প্রেম) হায়বসিদি অপাম্বা অতৈ অমতা লৈত্রবা হায়বনি। মায়াবদ্ধ জীবগী আশা য়ামগ্রে মতুদি ধর্মচেন্‌বা, শেল্লৈবা মী নৎত্রগা খ্বাইগী মকোক-থোংবা ভোগী নৎত্রগা মশামক ভগবান্ ওইনীংবা নৎত্রগা যোগীশিংদোনা যৌগিক শক্তি চেন্নীঙবা অতুগা ফংনীঙবদা ফং তৌনীংবদা তৌ ময়ামদা অঙকপা উৎনীংবা অসিনচিংবা আশা ময়াম। ভক্ত ওইখৎনীংলক্লিবা মী অমতনা মাগী থম্মোই-মুংদা তুমহুনা লৈবগুম লৈরিবা ভগবৎ-প্রেম পান্নবদি মথক্কী আশা ময়ামসি লংশেক্কদবনি। শুদ্ধ-নত্তবা ভক্তনা ভক্তি মপুঙ ফানা ফংলগা মথক্কী আশা ময়ামসি আশা তৌজে। অতুবু অশেঙবা ভক্তদি মথক্কী ইচুময়ামসিগী অমতনা ফাওবা চুক্তনীংদে, করিনা ইচুশিংসিদি সংসার বাসনা, নির্ব্বিশেষবাদ অতুগা যৌগিক শক্তিগী প্রভাবতগী ওইরকপনি। ভগবৎ-প্রেম ফংগে হায়রবদি ভক্তগী মুংশিনঙাই ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্ মাগীদমক্তা তৌবা শুদ্ধ ভক্তিসেবাতনা ফংগদবনি।

অমুক হেন্না শেংনা হায়বা তারবদি অস্নুম হায়বা তাই মতুদি— কনাগুম্বনা ভগবানবু মুংশিবা হায়বদি প্রেম তৌবা পান্নবদি সংসারগী সুখভোগগী অপাম্বা (বাসনা) পুম্নমক থাদোকপা তাই, দেবতা অমতা পূজা তৌদবা তাহ অতুগা পরমেশ্বর ভগবানগী সেবাতদা মশাবু কৎথোকচবা তাই। মহাক ভগবানগা অমতা ওইনা তিনবগী অমদি জগৎনা ঙাইহাক থাগৎনবগীদমক অঙকপা শক্তি খরা চেন্নীংবগী অপঙবা রাখন্দু থাদোকপা তাই। বিশুদ্ধ ভক্তদি ভগবানগী সেবাদা অরামল য়াওদবমখৈ লুপচৈ। অস্নুম তৌরগদা ভগবানবু মুংশিনি হায়বদি নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়বিবা শান্তম্ অমসুং আনন্দম্ হায়বতু ওইবা সাগনি।

শ্লোক ৩২

**এতে সৃতী তে নৃপ বেদগীতে ত্বয়াভিপৃষ্টে চ সনাতনে চ।**
**যে বৈ পুরা ব্রহ্মণ আহ তুষ্ট আরাধিতো ভগবান্ বাসুদেবঃ ॥৩২॥**

এতে— মসি; সৃতী—লম্বী; তে—নঙোন্দা; নৃপ—হে নিংথৌ; বেদগীতে—বেদনা হায়বা মতুং ইন্না; ত্বয়া—নহাক্না; অভিপৃষ্টে— চপ চানা হংলকপনা; চ— সু: সনাতনে— মতম পুম্নমক্কী ওইবগী মরমদা; চ— তশেংনমক; য়ে— মখোয়; বৈ- লেপ্পমক; পুরা— মমাঙঙৈদা; ব্রহ্মণে—ব্রহ্মাদা; আহ -হায়খি; তুষ্টঃ পেনবনা; আরাধিতঃ— লাৎখিবা; ভগবান্- পরমেশ্বর ভগবান; বাসুদেবঃ— শ্রীকৃষ্ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ, নঙগী মতীক চাবা ৱাহংগী পাওখুম ওইনা ঐনা হায়খিবা পুম্নমক বেদনা হায়বা মতুং ইন্ননি, অতুগা মতু সনাতন (মতম পুম্নমক্কী) ওইবা সত্যনি। মসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মানা ইন্নাৎচবদা পেল্লহুনা শ্রীকৃষ্ণ মশামনা ব্রহ্মাদা হায়খিবা ৱানি।

নৈনরোল

চিন্ময় আকাশ য়োৎবগী অমসুং মতুনা মায়িক বন্ধন-দগী নাস্থোকপগী (মোক্ষ ফংবগী) হায়বদি ভগবদ্ধামদা চুমথ্রিং য়োৎবগী মতো নত্রগা ব্রহ্মাগী মমুঙদা লৈরিবা লোক ময়ামতু মথঙ মথঙ ফাওহুনা চৎপগী ৱা অতু বেদনা তাকপা মতুং ইন্না পুথোক্কুনা হায়রে। মসিগী মরমদা বেদগী ভক্তিশিংদি অসিনি মতুদি—যদা সর্ব্বে প্রমুচ্যন্তে কামা য়েহস্য হৃদি শ্রিতাঃ অথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবতি অত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে (বৃহদ্‌আরণ্যক উপনিষদ্ ৪।৪।৭) অমসুং তেহর্চি অভিসম্ভবন্তি (বৃহদ্ আরণ্যক উপনিষদ্ ৬।২।১৫): "থম্মোইগী লায়না ওইরিবা মায়িক বাসনা (অপাম্বা) পুম্নমক্তগী নাস্থোক্লবা মখোয়হুনা মৃত্যুবু জয় তৌবা ঙম্মী অমসুং অর্চি লোক পুম্নমক ফাওহুনা ভগবানগী ধামদা চঙবা ঙম্মী।" বেদগী উক্তিশিংসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী উক্তিগী প্রমাণনি, অদুগা সনাতন ওইবা ৱাফমসি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ বাসুদেবনা বেদকর্ত্তা ব্রহ্মাদা হায়খি হায়বা

শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী বচন অসিনসু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী প্রমাণ অমনি। শিষ্য পরম্পরাগী রাকম্না হায়বদি বেদশিংসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা ফোঙদোকখিবনি, অদুদগী ব্রহ্মানা নারদদা, নারদনা ব্যাসদেবদা, অদুদগী ব্যাসদেবনা শুকদেব গোস্বামীদা তাকখিবনি। অসুন্না মথঙ মথঙ চৎথরকপনি। মরমদুনা মহাজন-শিংসিগী বচনশিংগী মরক্তা খেন্নবা অমতা লৈতে। সত্যদি নিত্যনি অদুনা সত্যসিগী মরমদা অনৌবা মত অমা লৈফম থোক্তে। বেদগী জ্ঞান খঙনবগী উপায়দি অদুনি। কনাগুম্বা বুদ্ধি থৌবা অমগী বিদ্যাগী মপান্না নত্রগা মীরম্লেনগী রাদমক খঙবা পণ্ডিতশিংগী ব্যাখ্যাগী মপান্না খঙগদবা পোৎ নত্তে। রাকমসিগী অরাৎপা হাপ্পঙাই লৈতে অদুগা অহেনবা লৌথোক্লঙাই লৈতে মরমদি সত্যদি সত্যনি। লঙ্কা হায়গে মথে হায়রসনু ঐখোয় থুদিংনা য়ানীংঙ্গ্রবসু মহাজন অমদি লৈতবা য়াদে। আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংসিসু বিজ্ঞান-তত্ত্ব থরগীদমক মীচমশিংগী মফমদা খঙ-হৈবা মহাজন হায়বদু ওইরি। মীচম্না বৈজ্ঞানিক অমগী রা মতুং ইন্না চৎলি। মসিনা তাকপদি মীচমশিংসু মখোয়গী ইন্নঙাই মী অমগী রা মতুং ইল্লি হায়বসিনি। বৈদিক জ্ঞানসু মতৌ অদুম্না লৌনবনি। মীচম অমনা উরিবা অতিয়াগী রাংমদা নৎত্রগা ব্রহ্মাণ্ডগী রাংমদা করি লৈ হায়বগী মতাঙদা রা-য়েৎপা ঙমদে; মহাক গুরু-শিষ্য পরম্পরা মতুং ইন্না লৌথনরক্লবা বেদগী বচন্‌শিংবুসু লৌবা তাই। ভগবদ্গীতাদসু গীতা খঙনবগীদমক হায়রিবা নিয়মসিমক গীতাগী মরিশুবা অধ্যায়দা হায়রি। মী খ্বাইনা চৎথনরক্লিবা আচার্য্যশিংগী বচনশিং কনাগুম্বনা য়াত্রবদি মহাক্না বেদনা তাকপা সত্য অদু অরেম্বদা থিবা তাগনি।

শ্লোক ৩৩

**নহ্যতোঽন্যঃ শিবঃ পন্থা বিশতঃ সংসৃতাবিহ।**
**বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগো যতো ভবেৎ ॥৩৩॥**

ন নত্তে; হি—লেপ্পমক; অতঃ—অসিগী তুংদা; অন্যঃ—অতোপ্পা অমা; শিবঃ—মঙ্গলগী মশক ওইবা; পন্থা—লম্বী, উপায়; বিশতঃ—চঙলিবগী; সংসৃতৌ—সংসারদা; ইহ—পুন্সি অসিদা; বাসুদেবে—ভগবান্ বাসুদেব কৃষ্ণদা; ভগবতি—পরমেশ্বর ভগবান্; ভক্তিযোগঃ—ভক্তিযোগ; যতঃ—মদুদা; ভবেৎ—ওইবা য়াই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসারদা চঙলিবা মীশিংগী মুক্তিগী লম্বী মখল মখা লৈদুনসু ভগবানগী পেন্নবা থবক্তগী হেনবা মঙ্গলগী মশক ওইবা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈত্রে. মবমদি মদু তৌরগা ভগবান্ বাসুদেবদা ভক্তিযোগ হায়-বদি প্রেম (নুংশিবা) পোকই।

নৈনরোল

থংনবা মথঙগী শ্লোক অসিদগী খঙবা ঙমগনি মদুদি ভক্তিযোগনা অমতা ঙায়বা অমসুং মঙ্গলগী মশক ওইবা সংসারদগী মুক্তি ফংনবা উপায়নি। সংসার মায়াদগী নাম্বোক্লবগী (মুক্তিগী) নাকোইনবা নিয়ম য়াম্না লৈ. অদুবু মখোয় অমতসু ভক্তিযোগগুম্না লায়বা অদুগা মঙ্গলগী মশক ওইদে। জ্ঞান অমসুং যোগ অমদি অতৈ অতৈ সাধনশিংদি মথন মথন্তনা সাধকপু মুক্তি পীবা ঙমদে। অসিগুম্বা সাধনশিংনা কনাগুম্ববু চহী য়াম্নবগী মতুংদা ভক্তি যোগগী মতাঙ য়ৌহন্নবা মতেঙ পী। অব্যক্ত ব্রহ্মবাদীশিংনা মখোয়গী পন্থুং য়োনবা হোৎনবদা অরাবা য়াম্না নংঙী হায়না ভগবদ্গীতানা হায়রি (১২।৫)। অদুগা জ্ঞানমার্গীশিংনা পরতত্ত্ব থিরুরগা বাসুদেবনা মরোইরে হায়বসি মপোক কয়ারক হুম্না পোক্লবা মতুঙদা খঙবা ঙম্মী হায়নসু ভগবদ্গীতানা হায়রি (৭।১৯)। যোগদর্শনগী মতাঙদা হায়রগনা ভগবদ্গীতানা হায়রি (৬।৪৭) মদুদি পরতত্ত্ব থিবা যোগীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা ভগবান্‌গী সেবাদা হায়বদি ভক্তিযোগদা চঙলবদি মহাক্তুনা

মখোয় লোইনমক্তগী মহেল্লে। ভগবদ্গীতাগী (১৮।৬৬) উপদেশনা তাক্লিবদি ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লুনা ভগবান্দা মপুঙ ফানা ইশা ইশাবু কংথোকপদা (আত্মনিবেদন-তনা) আত্মা উপলব্ধি অমসুং সংসারদা অমুক হল্লক্তবা মুক্তি হায়বছু যংগনি হায়বসিনি। বেদশাস্ত্রশিংগী রা হায়ববু উপায় পুম্নমক শীজিল্লহনা ভগবানবু ভক্তি তৌবা (নুংশিনা সেবা তৌবা) হায়বসিনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্গী (অহানবা স্কন্ধগী) শ্লোকশিংনা তাকপ্রবা রাফমদি ভক্তিযোগনা নৎত্রগা ভক্তিযোগদা লোয়নবা থবক অতৈনা ওইজবা থিদ্রবদি (নিষ্কাম কর্ম্ম তৌরবদি) মতুনা খ্বাইদগী হেনবা ধর্ম্মনি হায়বসিনি। অতৈ সাধনদি সাধক অতুগী মতম মাওংহনবতনি।

ভক্তিযোগসি চুম্নগী লাযবা, অচম্বা, অতুম মশানা ওইজরকপা অমদি রাদবা অমা ওইবতা নত্তনা মীওইবগী মুংঙাইনবগী অমতা ঙায়বা মরম্নি হায়না শ্রীল শ্রীধর স্বামী অমসুং জীব গোস্বামীগুম্বা আচার্য্য-শিংনা য়াববা রানি।

শ্লোক ৩৪

**ভগবান্ ব্রহ্ম কাৎস্নের্ন ত্রিরন্বীক্ষ্য মনীষয়া।**
**তদধ্যবস্যৎ কূটস্থো রতিরাত্মন্ যতো ভবেৎ ॥৩৪॥**

ভগবান্ ভগবান্ ব্রহ্মা, ব্রহ্ম বেদ, কাৎস্নের্ন—পুম্নপা, ত্রিঃ—অহুমক, অন্বীক্ষ্য—থিজিন্দুনা যেংলগা (বিচার তৌরগা); মনীষযা—বুদ্ধিনা, তৎ- মতু; অধ্যবস্যৎ—লেপ্পমক খঙলম্মী, কূটস্থঃ পুক্নীং থিংজল্লা, রতিঃ—প্রেম (নুংশিবা), আত্মন্ (আত্মনি)—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা; যতঃ-মতুনা, ভবেৎ ওংবা যাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ ব্রহ্মানা পুক্নীং লুপশন্দুনা বেদশিংহু অহুমক নৈনরম্মী, অতুগা মতুং থিংনা বেদশিংহু থিদল্লগা বিচার তৌববা মতুংদা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা করম তৌরনা রতি লৈবা য়ানি হায়বহু বুদ্ধিনা লোম্লগা লৌবম্মী।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবানগী গুণ অবতার বেদকর্ত্তা ভগবান্ ব্রহ্মাগী রা শুকদেব গোস্বামীনা হায়রি। প্রাকৃত সৃষ্টি হৌবকপা মতমদা ব্রহ্মাদা বেদশিংসি তম্বীখিবনি। ব্রহ্মানা বেদশিংহু পরমেশ্বর ভগবান্দগী সাক্ষাৎ শ্রবণ তৌরম্নবসু তুংদা লাক্কদবা বেদ হৈনাংবশিংগী খঙনীঙবা মতমদা খঙহনবা ওম্নবগীদমক মহাক্না বেদশিংহু অহুমক হন্না বিদ্যার্থী অতৈগুম্না তমখি। মহাক্না পুক্নীং য়াম্না চঙনা বেদশিংগী অপাম্বা করিনো হায়বহু নৈনবম্মী অতুগা মতুং থিংনা বিচার তৌরগা লেপখিবদি পরমেশ্বর ভগবানগী বিশুদ্ধভক্ত ওইবনা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী ধর্ম্ম অথোইবনি হায়বসি ব্রহ্মানা লেপখি। পরমেশ্বর ভগবানমক্না পীরম্বা পাউতাক ভগবদ্গীতাগী অরোইবা রাস্থ মসিনি। বেদগী রাফমসি আচার্য্য পুম্নমক্না লৌরম্মী, অতুগা রাফমসিবু য়াদবা মীশিংবু গীতানা বেদবাদরত-নি হায (২।৪২)।

শ্লোক ৩৫

**ভগবান্ সর্ব্বভূতেষু লক্ষিতঃ স্বাত্মনা হরিঃ।**
**দৃশ্যৈর্বুদ্ধ্যাদিভির্দ্রষ্টা লক্ষণৈরনুমাপকৈঃ ॥৩৫॥**

ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্, সর্ব্ব—পুম্নমক; ভূতেষু—জীবশিংদা; লক্ষিতঃ—উবা ওই; স্ব-আত্মনা—আত্মাগা লোয়ননা; হরিঃ ভগবান্, দৃশ্যৈঃ—উরিবা অতুনা; বুদ্ধি-আদিভিঃ—বুদ্ধিনচিংবা; দ্রষ্টা—অউবা মহাক, লক্ষণৈঃ—খুদম মখল মখানা, অনুমাপকৈঃ—প্রমাণগীদমক চুম্নী হায়মা লৌবা রাযম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি জীবাত্মাগা লোয়ননা জীব খুদিংদা লৈ। রাফম অসি ঐখোয়না উবগী অমসুং বুদ্ধিগী মতেঙ লৌদুনা অনুভূতি অমসুং অনুমান্ প্রমাণনা খঙবা ঙম্মী।**

### নৈনরোল

ভগবান্দি ঐখোয়গী মীৎনা উবা ফংদবনিনা করম্না মঙোন্দা আত্ম-সমর্পন (কৎপা) তৌগনি নৎত্রগা মাবু ভক্তি সেবা (নুংশিনা সেবা) তৌবা ঙমগনি হায়বসি খ্বায় ময়াম্না য়েৎনরিবা রাযমনি। অসিগুম্বা মীচমশিংগী মফমদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা চৎনবা য়াবা রাফম অমা তাক্লি মতুদি ভগবান্বু যুক্তিনা অমসুং অনুভূতিনা উপলব্ধি তৌবা য়াই। তশেংবমক ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা ভগবান্বু উবা য়াবা নত্তে, অদুবু কনাগুম্বনা সাক্ষাৎ সেবা তৌনীঙবা লৈদুনা ভগবান্ লৈ হায়না থাজরবদি ভগবান্না কৃপা তৌদুনা শকফোংলকই, অদুনা অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্তনা ভগবান্ লৈ হায়বসি মফম মতম পূম্বদা অনুভূতি তৌই। বুদ্ধিনা পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশ পরমাত্মা অদুগী মূর্ত্তি তাকই হায়বসি ভক্তদুনা খঙঙী। পরমাত্মানা জীব খুদিংদা লৈ হায়বদু খঙবদি মীচম অমগী মযমদফাওবা য়াম্না লুবা পোৎ নত্তে। মসি খঙনবা মওংদি মথাগী অসিনি। ঐখোয়না ঐখোয় ইশাবু খঙবা ঙম্মী অদুগা ঐখোয় লৈ হায়বসি ভাবকী মতেঙনা খঙঙী। খঙলিবসি পাক হেক্ক খঙবা ঙমদবা যাই, অদুবু বুদ্ধি খজিক্কুং শীজন্নরগা ঐখোয় ঐখোয়গী হকচাঙসি নত্তে হায়বা খঙবা ঙম্মী। ঐখোয়গী খোঙ, খুৎ, কোক, শম অমদি কায়াৎশিংসি ঐখোয়গী হকচাঙগী শরূক ঙাক্লি হায়বা ঐখোয় খঙঙী, অদুনা খোঙ, খুৎ, কোরচিংবসিবু ঐখোয়গী আত্মানি (হায়বদি ঐখোযনি) হায়বা যাদে। মরমসিনা ঐখোয়না বুদ্ধি খজিক্কুং শীজন্নরগা ঐখোয়গী আত্মাগা পোৎ অতৈগা খেন্নে তোঙাল্লী হায়বদু তাকপা ঙম্মী। অদুনা মশা মতোমতনা তারকপা রাফম হায়ববু জীবদি মীসু শাস্ত্র দ্রষ্টানি (উরিবা মহাক অদুনি), অদুনা মহাক্না মহাক মশাবু নত্তবা অতৈ পোৎপুস্থু উই। অদুনা দ্রষ্টাগা (উরিবা মহাক্না) মানা উরিবা পোৎকা অনীদু খেন্নে। ঐখোয়গী বুদ্ধি খজিক্কু শীজন্নরগা ঐখোয়না হেক্তা যানীংগনি মতুদি মশাদগী হেন্দোকপা পোৎপু মাগী মীৎয়েংনা উবা ঙম্বা জীবগীদি মরম্নাই ওইনা উননবা নৎত্রগা চৎথোক চৎশিন তৌনবা শক্তি লৈজদে। ঐখোয়না তৌরিবা থবকশিং অদুগা খঙ-উরিবশিংসি প্রকৃতিনা ঐখোয়দা পীবা শক্তিগী মথক্তা ঙাবা ঙাক্লি। খঙ উবগী নৎত্রগা থবক্কী ইন্দ্রিয়শিং হায়বদি তাননবা (শ্রবণ তৌননবা), শোকপা (স্পর্শ), উবা (দর্শন), মহাও (স্বাদ), মনম (ঘ্রাণ) ঐখোয়গী খঙননবা (জ্ঞানেন্দ্রিয়) ইন্দ্রিয় মঙা অমসুং ঐখোয়গী থবক তৌননবা ইন্দ্রিয় (কর্ম্মেন্দিয়) মঙা হায়বদি খুৎ, খোঙ, রা ঙাঙবা, মাংনবা খুৎলাই, অদুগা মচা পোকনবা খুৎলাই হায়বসি, অদুদগী সূক্ষ্ম ওইবা ইন্দ্রিয় হায়বদি পূক্নীং (মন), বুদ্ধি, অমসুং অহঙ্কার (ঐ হায়বা) অহুমসিগা --লোইনমক্না ইন্দ্রিয় তরাহুমদোইসি প্রাকৃত শক্তিনা পৌনা খঙদে কূপ্না খঙদে শীল্লাংদুনা ঐখোয়দা পীবনি। জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা খঙলিবা পোত্তাশিংসি প্রাকৃত শক্তিনা লৌবা মওংশিংগী থাইদোক-থাইজিন তিস্থোক-তিনশিন তৌবদগী থোরকপা নত্তনা অতৈ করিমতা নত্তে হায়বসি তশেংবনি। মসিনা প্রমাণ ওইনা তাকপদি জীবগী মরম্নাই জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী শক্তি তোঙানবা লৈতে হায়বসিনি, অদুগা ঐখোয়না লৈরিবসি প্রাকৃত শক্তিগী মখা পোল্লি হায়বসি করিমতা চিংনশিঙাই লৈতবা মরম্না ঐখোয়না লৌবা তাই মতুদি উরিবা মহাক (দ্রষ্টা) অদু আত্মানি অদুগা ইন্দ্রিয়শিংসু ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা খঙলিবা পোৎশিংদুসু প্রাকৃত ঙাক্তনি। দ্রষ্টানা আত্মানি হায়বসি ঐখোয়না মায়িক জীবগী ঙমখৈ নাইবা অবস্থাদা পেল্লক্তবা অসিনা উংলি। মতুনি আত্মাগা অনাত্ম (জড় থরাই পান্দবা) পোৎকা খেন্নরিবসি। বুদ্ধি রাৎপা কাওবুনা জড় ওইবা পোৎনা উবা অমসুং লেঙথোৎপনচিংবসি তৌহল্লিবনি হায়না য়েৎলি; অদুবু মখোয়না য়েৎলিবসি লৌবা য়াদে মরমদি করিগুম্বা মফমদসু জড় ওইবা

পোৎনা থরাই পান্‌বা পোৎ অমা পোকপগী চাংয়েংলবা প্রমাণ অমতা লৈতে। মুংঙাইগনি হায়দুনসু তুংগী মতম্ থাজরুগনু। জড় ওইবা পোৎনা আত্মা ওইরক্কনি হায়বা ৱারেমশিংদু তশেংবদি অপঙবগী ৱানি মরমদি জড় বস্তুনা পৃথিবীগী করিগুম্বা মক্ষমদা উবা ঙম্মী অমদি চৎপা ঙম্মী হায়বগী ৱা লৈত্রি। মরমসিনা জড়গা আত্মাগা অনীসি তোঙান্ তোঙান্‌বা পোৎনি হায়বদু অশেঙবনি, ৱাফম্‌সি ঐখোয়গী বুদ্ধিনা খঙলি-বনি। বুদ্ধিবু শীজন্নবা নৎত্রগা হোইবা কনাগুম্বা অমা লৈ হায়বসি য়াত্রবদি বুদ্ধিগী মপান্না খঙলিবা পোৎশিংদু থরাই পান্‌বা নত্তে হায়বা ৱাফমসি লৌবা তাই। সরকারগী অঙম্বা অমনা থবক মতৌ তাকপ-গুম্না বুদ্ধিনা থবক মতৌদু তাকয়ি। অদুগা বুদ্ধি শীজন্নত্রবদি জীবনা উবা, চৎপা, চাবা অমদি থবক তৌবা ঙমদে। বুদ্ধিবু শীজন্নবা ঙমদবা মীদি বুদ্ধি চোইরবা মীনি, মরমসিনা জীবদি বুদ্ধিগী মপান্ তাঙভি নৎত্রগা মঙোন্দগী হেন্‌বা জীব অমগী য়াথং ইন্না চৎলি। জীব খুদিংগী বুদ্ধি লৈ; বুদ্ধিসি অহেন্‌বা অঙম্বা অমগী য়াথংগুম্না লৈবনা, বুদ্ধিবু মপানা মচান্নুপা অমদা পীবা য়াথংগুম্বনি। জীব খুদিংদা লৈরিবা অদুগা জীবগী মপু ওইরিবা মহাক্কুদি পরমাত্মানি।

ঐখোয়না থিজল্লিবসি মতাঙসিরাইদা ৱাযম অমা খন্নগদবা লৈ, মদুদি অসিনি—অমরোমদনা ঐখোযনা খঙলি-উরিবশিং অদুগা তৌরিবা থবকশিংসি প্রকৃতিনা শীন্‌বগী মখা পোল্লি হায়বসি অশেঙবনি হায়না ঐখোয়না খঙভী, অদুম ওইনমক ঐখোয়না পুক্নুংদা পান্দুনা "ঐনা উরি খঙলি" অমদি 'ঐনা তৌরিবনি' হায়না হায়রি। মবমসিনা ঐখোয়না হায়বা ঙম্মী মদুদি ঐখোয়গী জ্ঞানেন্দ্রিয় অমসুং কর্মেন্দ্রিবশিংসি লেঙ খোৎলি মরমদি ঐখোয়না আত্মাগা প্রাকৃত দেহগা অমতনি হায়না লৌয়ি, অদুগা পরমাত্মানসু ঐখোয়না নীঙবা মতুং ইন্না ঐখোয়বু লমজিংবিরি অমসুং অৱাৎ-অপা মেন্‌বিরি। বুদ্ধি ওইন পারমাত্মানা লমজিংবসিগী সুবিধা লৌবগা ঐখোয়না মখা তানা নৈনদুনা 'ঐদি হকচাঙসি নত্তে' হাযবা ৱাসি চৎপা য়াই নৎত্রগা 'ঐখোযদি মপুনি, থবক তৌরিবসু ঐখোয়নি' হায়দুনা আত্মাগা দেহগা অমতনি হায়বা ওইদবা ৱাখল্দা অদুম লৈগে হায়রবসু য়াই। ঐখোয়দা লৈবা নীংতম্বা (স্বতন্ত্রতা) অসিনা পঙথদুনা প্রকৃতিবু শেরান্না লৌবা নৎত্রগা অচুম্বা চিন্ময় ওইবা ৱাখন্না ঐখোযগী অপাম্বদু লেপ্পা য়াই। পরমাত্মাবু ঐখোযগী মরুপ্পি অমদি লমজিংবনি হায়না খঙলগা অমসুং ঐখোয়গী বুদ্ধিগা পরমাত্মাগী অৱাংবা বুদ্ধিগা অনীদু তিন্নরগদি অওইবা চিন্ময় ওইবা ৱাখন্দু ঐখোয়না ইলায় লায়না ফংগনি। পরমাত্মাবু অদুগা ব্যক্তিগত ওইবা জীবাত্মাসু অনীমক আত্মানি, মরমদুনা পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা অনীমক গুণগী মাযকৈদা য়েংলগদি জড় প্রকৃতিদগী তোঙাল্লি। অদুবু পবমাত্মাগা জীবাত্মাগা অনীসি থাক অমতদা মান্নদা লৈতে, মরমদি পর-মাত্মানা বুদ্ধি পী অমসুং য়াথং পী অদুগা জীবাত্মানা য়াথংদু ইন্দুনা চৎলগা থবক মতীক চানা তৌয়ি। জীবাত্মাদি পবমাত্মাগী য়াথং মখা পুঙপোন পোল্লি মরমদি খোঙথাং খুদিংদা জীবনা উবা, নাকোঙনা তাবা, ৱাখল খন্‌বা, অপাম্বা, পুক্নীংনা লৌশন্‌বনচিংবদা পরমাত্মাগী লমজিং মখা পোন্দুনা চৎলি।

থ্বায়না খঙনবা মতুং ইন্না জড় প্রকৃতি, জীবাত্মা অমদি পরমাত্মা হায়বা শক্তম অহুমসি লৈ হায়না ঐখোয়না য়াবা তাই। হৌজিক ঐখোয়না ভগবদ্গীতা য়েংলগদি হায়বদি বৈদিক জ্ঞান লৌরগদি জড় প্রকৃতি, জীবাত্মা অমদি পরমাত্মা হায়বা পোৎশক অহুমসি লোইনমক পরমেশ্বর ভগবানগী মখা পোন্না চৎপনি হায়বসি ঐখোয় খঙবা ঙম্মী। পবমাত্মাসি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী অংশঅবতারনি। পরমেশ্বর ভগবান্না প্রাকৃত জগৎ পুম্বসি মাগী অংশ অমতদা লৈহল্লিবনি হায়বসি ভগবদ্গীতানা হায়রি। ভগবান্দি অচৌবনি; মহাক জীবশিংগী অপাম্বা হুন্নবগী ঙাক লৈবা নত্তে, মরমদুনা পরমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবান্ অনীঙ্গুদবা (অদ্বয়তত্ত্ব) পুরুষোত্তমগী পূর্ণ প্রতিনিধি নত্তে। জীবনা পরমাত্মাবু উপলব্ধি তৌবদি আত্মানু-ভূতি তৌবা হৌগৎপনি; অসুম্না অনুভূতি হেক্কৎলরুবদা জীবনা শাস্ত্রগী মতেঙনা অমদি মরু ওইনা ভগবান্‌গী

কৃপানা মতেঙ ওইরগা মরম্নাই বুদ্ধিমা পরমেশ্বর ভগবান্বু উপলব্ধি তৌরক্কদবনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু অহান্বা শকথঙবদি ভগবদগীতানা ওইহন্বনি অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্না কৃষ্ণতত্ত্বগী মথাতাবা ব্যাখ্যানি। মরমসিনা উপনিষদ্গী রা মতুং ইন্না ঐখোয়গী হকচাঙ কোবা পামেলগী উশাদা উচেক অমগুম্না অতোপ্পা উচেক অমগা ফম্মিন্নরিবা জীবগী বুদ্ধিবু লমজিংলিবা মহাক্কী (পরমাত্মাগী) কৃপা ফংননবা পুক্নীং চপ মুংনা ঐখোয়না লেপ্পবদি শোযদনমক বেদনা তাকপা রারোল অদু ঐখোয়না তশেংনা উবা ফংগনি অমসুং পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেববু ফংবদা অরাবা অমতা লৈরোয়। মরমসিনা জ্ঞানীশিংনা জ্ঞান অদু মপোক য়াম্না হন্জন্ হনজন্ পোক্নুনা শীজিন্নরবা মতুংদা ভগবদ্গীতানা (৭।১৯) হাযবা মতুং ইন্না বাসুদেবগী খুযা থম্বান্দা মশাবু কৎথোকচৈ।

শ্লোক ৩৬

**তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা রাজন্ হরিঃ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা।**
**শ্রোতব্যঃ কীর্ত্তিতব্যশ্চ স্মর্ত্তব্যো ভগবান্নৃণাম্ ॥৩৬॥**

তস্মাৎ— মবমদুনা, সর্ব্ব—পূম্বা, আত্মনা—আত্মানা, রাজন্—ইনিংথৌ, হরিঃ—হরি, সর্ব্বত্র—মযম পুম্বদা, সর্ব্বদা মতম পুম্বদা, শ্রোতব্যঃ—নাকোঙনা তাগদবা ওই; কীর্ত্তিতব্যঃ—চৌন্না শোনগদবা ওই; চ অমসুং; স্মর্ত্তব্য — নীঙশিংগদবা ওই, ভগবান্—ভগবানদু; নৃণাম —মীওইবশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, মরমসিনা মীওইবশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্বু মযম মতম পূম্নমক্তা শ্রবণ (নাকোঙনা তাগদবা ওই), কীর্ত্তন (চৌন্না শোনবা), অমসুং স্মরণ (নীঙশিংবা) তৌফম থোকই।

নৈনরোল

শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা শ্লোক অসি 'তস্মাৎ' হায়বদি 'মবমদুনা' হাযবা শব্দনা হৌবি মরমদি মমাঙগী শ্লোক অদুদা খ্বাইদগী রাংবা লম্বী ভক্তিযোগ হাযবসি নত্তনা মুক্তিগী লম্বী অফবা অমা লৈতে হাযনা ব্যাখ্যা তৌখ্রে। ভক্তিযোগ হাযবসি ভক্তশিংনা সাধন-অঙ্গ মথল মখন্দা তৌই, অঙ্গশিং অদুদি শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা), কীর্ত্তন (চৌন্না শোনবা), স্মরণ (নীঙশিংবা), ভগবানগী পাদসেবন (খোঙ সেবা), পূজন, প্রার্থনা, প্রেম সেবা (মুংশিবগীদমক তৌবা সেবা), সখ্য (মরূপ মপাঙ ওইবা), আত্মনিবেদন (ইশানচিংবা লৈজবা পুম্নমক কৎথোকপা) হাযবসিনি। হাযরিবা ভক্তি অঙ্গ মাপল অসিনা থাঙ্গেশংবা ভক্তি অঙ্গনি। মপূকশেংবা ভক্ত অমগীদমক্তি অঙ্গ মাপলমক্তা ওইববসু নৎত্রগা থরতনা ওইববসু নৎত্রগা অমখক্তনা ওইববসু অপাম্বা ফল অদু পীবা ঙম্মী। অদুম্নদি ওইবগা ভক্তি অঙ্গ মাপনসিগী মনুঙদা অহানবদা পল্লিবা শ্রবণ হাযবসিনা ভক্তিযোগগী সাধন মকোক্নি। চপ চানা অর্মাদি ওন্নবা শ্রবণ তৌবা নত্তনদি অঙ্গ অতৈ হোৎনদুনসু ভক্তিগী মায়কৈদা চাওখৎপা ঙম্মোই। শ্রবণ তৌনবগী হাযদুনা বৈদিক সাহিত্য মযাম লৈরিবসিনি, লাইরিকশিংসি শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিমান্ অবতার ওইবা ব্যাসদেবগুম্বা মহাজনশিংনা খোমজিল্লম্বা ভাক্তনি। পরমেশ্বর ভগবাননা পোৎ খুদিংমক্কী অন্তর্যামী পরমাত্মানি হাযনা শোযদনা খঙনরবনিনা মহাক্কী রাবু মযম মতম পুম্বদা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবা তাই। মদু মীওইবগী থোইদোকপা মথৌনি। মীওইবনা মফম পুম্নমক শীন্থুংনা লৈবা (বিভু ওইবা) পরমেশ্বর ভগবান্গী রা শ্রবণ তৌববু থাদোকপা মতমদা মহাক মীনা শাবা মেছিন্না শন্দোকপা থুনাম নাঙৈগুম্বা পাও শ্রবণ তৌবা শোইদবনি। মেছিনশিংসি ফত্তবা নত্তে মরমদি মেছিন্দুনা খুংলাই ওইদুনা ভগবানগী রা শ্রবণ তৌবগী সুযোগ ফংবা ঙম্মী, অদুবু মেছিনবু অতৈ মবমগীদমক শীজিন্নবা মবম্না মানব সভ্যতা মচাঙ থুনা হস্থনদা থৌবাংলি। নৈনবিবা শ্লোকসিদা হায়রিবদি মীওইবশিংনা শ্রবণ হাযবসি তৌদবা যাদে হাযবসিনি মরমদি ভগবদ্গীতা অর্মাদ

শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গুম্বা শাস্ত্রগ্রন্থশিংসি শ্রবণ তৌননবগীদমক লেংবনি। মীওইবা নত্তবা জীব অতৈশিংদি অসিগুম্বা বৈদিক সাহিত্যশিংবু শ্রবণ তৌবা ঙমদে। মীওইবা সমাজনা বৈদিক সাহিত্যশিংবু শ্রবণ তৌরবদি ধর্ম্ম লৈতবা মীশিংনা সমাজ পুম্নমকপু চিংথনবা ঙাঙলক্লিবা অমোংপা খোম্মোকশিং তাবা ফংলোই। শ্রবণ হায়বা অঙ্গবু কীর্ত্তন কৌবা অঙ্গনা কনশনহল্লী। অশেঙবা মফমদগী শেংনা শ্রবণ তৌবা মীদি পরমেশ্বর ভগবানগী মরমদা মপূঙ ফানা থাজরকই অমসুং ভগবান্‌গী কীর্ত্তন তৌবদা থরায় য়াওশ-ল্লকই। রামানুজ, মাধ্ব, চৈতন্য, সরস্বতী ঠাকুরগুম্বা অদুগা অতৈ দেশগীদা হায়রগা মহম্মদ, খৃষ্টনচিংবা আচার্য্যশিংনা পাকশন্না ভগবান্‌গী নাম মফম মতম পুম্নমক্তা শোন্দুনা কীর্ত্তন তৌরম্লিবনি। ভগবান্‌দি মফম পুম্বা শীন্থংনা লৈবনিনা মহাকপু কীর্ত্তন তৌবদি মফম মতম পুম্নমক্তা তৌদবা য়াদবনি। ভগবান্‌গী নাম কীর্ত্তন তৌবদা মতম অমদি মফমগী অককপা লৈতে। মসিবু সনাতন ধর্ম্ম নৎত্রগা ভাগবত ধর্ম্ম কৌই। সনাতন গী অর্থদি মতম পুম্বগী (নিত্য), মফম পুম্বগী হায়বনি। ভাগবত হায়বনা ভগবানগা মরী লৈনবা হায়বনি। ভগবান্‌দি মফম মতম পুম্নমক্কী মপুনি, মরমদুনা ভগবান্‌গী পবিত্র নামদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা শ্রবণ, কীর্ত্তন অমসুং স্মরণ তৌদবা য়াদবনি। মদুনা খোরাংনা ঙাইরিবা জগৎবাসী পুম্নমক্কী মফমদা শান্তি অমসুং উন্নতি (চাওখৎপা) পুরক্কদৌবিবনি। 'চ' হায়বা শব্দসিনা তাকপদি মথক্তা হায়রিবা ভক্তিযোগগী লৈহৌরিবা অতৈ অঙ্গশিংসু য়াংরে হায়রিবনি।

শ্লোক ৩৭

**পিবন্তি যে ভগবত আত্মনঃ কথামৃতং শ্রবণ পুটেষু সম্ভৃতম্।**
**পুনন্তি তে বিষয়বিদূষিতাশয়ং ব্রজন্তি তচ্চরণসরোরুহান্তিকম্॥৩৭॥**

পিবন্তি—থক্লি; যে মখোয; ভগবতঃ পরমেশ্বর ভগবানগী; আত্মন মুংশিথোইদগী; সতাম্ ভক্তশিংগী; কথামৃতম্- অমৃতগী মশক ওইবা ৱা; শ্রবণ পুটেষু নাকোঙন্নংদা; সম্ভৃতম্—থনা; পুনন্তি—শেংদোকয়ি; তে মখোয়গী; বিষয়—ইন্দ্রিয়না পাম্বা পোৎ; বিদুষিত-আশয়ম্ মোংহল্লবা পুন্সি-পান্দম; ব্রজন্তি—চৎলী; তৎ -ভগবান্ মহাক্কী; চরণ—খোঙ; সরোরুহ-অন্তিকম্ থম্বাল নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাকোঙনা খোরাংনা থক্লগা পুকথন্‌বগুম্বা থল্লবা ভক্তশিংগী মুংশিবা কৃষ্ণগী কথামৃতদু থক্লিবা মীশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়না পাম্বা বিষয়শিংনা মোংলবা মপুক্কীংদুবু শেংদোকয়ি, অদুম্না শেংদোক্লগা ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বান নাক তান্না চৎলী।

নৈনরোল

মীওইবা সমাজগী অৱা-নং থোক্লিবসি মখোয়না প্রকৃতিগী মরন্‌শিংগী মপু ওইজনীংবা হায়বা অমোংপা পুন্সি-পান্দমদুননি। মীওইবনা মখোয়গী ইন্দ্রিয় পেন্নবা হায়দুনা প্রকৃতিগী মরন্‌শিংবু লৌথোক্‌বা অদুক্কী মতীক তৌরিবমখৈ মহাকপু ভগবানগী বহিরঙ্গ মায়ানা থাকপা লাংদা অদুক্কী থুগনি। মীওইবগী হিংবদা চঙদবা য়াদবা পোৎ হায়বদি চেঙ-হৱাই, শঙ্গোম, উহৈ, শীঙ, নুঙ, চিনি, কৱং, মণিমুক্তা, কশিং, থুম, ঈশীং, হেঞ্জাং-নাপীনচিংবা ঈশ্বরনা ওকবা পৃথিবীসিদা লৈরিবা মীওইবা জাৎতি অমসুং জীব অতৈ-শিংগী চাননবা পীরি, অদুদগী হেন্দোক্তুনা ব্রহ্মাণ্ডগী গ্রহলোক খুদিংদা লৈবা জীবশিংগী ফাওবা পীরি, পোৎ থোকফমদি মপূঙ ফানা লৈ, অদুনা মীওইবা জাতিনা মখোয়গী চঙগদবা পোৎলমদু মফম চানা ফংননবগীদমক মখোয়গী শক্তিদু খজিক্কং শীজন্নরগা লোইরে। মখোয়গী পুন্সিগী মুংঙাইনবগী মতাঙদা মেছিন্নচিংবা খুংলাইশিং অদুগা য়োৎ-ইস্পাতনচিংবগী কোনশং চাওর-চাওরবা ফিংব্রবসু য়াই; মদু পুম্নমক খুৎশেমগী ওইবা থবক ঙাক্লি। খুৎশেমগী পোৎনা পুন্সিবু কদৌঙৈদসু মুংঙাইহন্‌বা ঙমদে, মুংঙাইহন্নবা

পাম্বেদি চম্না লেন্বা অহুগা রাখন রাংবতনা ওইবনি। মীওইবগী রাংলেন রাংবা অহুগা মপুঙফাবা রাখল্দি শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা তাক্লিবা রা হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতম্বু চপ চানা ৎক্লবা শ্রবণ তৌবা হায়বসিনি। কলি যুগগী মীশিংগীদমক্তি মখোয়না পুন্সিগী মপুঙফাবা লক্ষ্য উত্রবা মতমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্না মখোয়গী অচুম্বা লম্বী উননবা মৈরানি। শ্রীল জীব গোস্বামী প্রভুপাদনা শ্লোকসিদা যাওরিবা 'কথামৃতম্' শব্দসিগী মরমদা টিকা হংলম্মী, মহাক্না শ্রীমদ্ভাগবতম্বু পরমেশ্বর ভগবান্গী অমৃতগী মগক ওইবা হাহুনি হায়না উৎলম্মী। শ্রীমদ্ভাগবতম্বু ওক্লবা শ্রবণ তৌবনা পুন্সিগী অমোৎপা লক্ষ্য হায়বদি প্রকৃতিগী থুহুম চন্নবা তৌবসি হুম্বরক্কনি অমসুং পৃথিবীগী শরূক খুদিংদা লৈবিবা মীয়াম্না চিদানন্দময় ওইবা শান্তিগী পুন্সি লেনবা ঙমগনি।

ভগবানগী শুদ্ধভক্তগীদমক্তি ভগবানগী নাম, যশ, গুণ, পার্ষদ-নচিংবা বিষযশিংদি লোয়মনক মুংঙাই, অসিগুম্বা বিষযশিংবু নারদ, হনুমান, নন্দ মহারাজ-নচিংবা ব্রজবাসীগুম্বা অচৌবা ভক্তশিংনা অনুমোদন তৌরম্বা মরম্না তশেংনমক অসিগুম্বা কথামৃতশিংদি থম্মোই খুদিংদা চিন্ময় অমসুং আনন্দময় ওই।

ভগবদ্গীতাগী কথামৃত অহুদগী মতুংদা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী কথামৃত তত্তনা শ্রবণ তৌবা মীহুদি পরমেশ্বর ভগবানগী নাক যৌহুনা থম্বান চামনিপালগী মওং-মানবা গোলাক বৃন্দাবন কৌবা চিন্ময় ধামদা ভগবানগী প্রেম সেবা তৌবা ংগনি।

মতৌ অসুম্না ভক্তিযোগ চৎতুনা নৈনবিবা শ্লোকসিদা তাক্লিবগুম্না ভগবানগী কথামৃতবু চপচানা শ্রবণ তৌববদি মাযানা মোৎহনবহু ভগবানগী বিরাটরূপ নির্বিশেষবাদীশিংনা থনবগুম থন্নবা তৌকত্রবসু হেক্রা কোক্কনি। ভক্তিযোগগী সাধন তৌরগা সাধক অহুনা মাযাগী অমোৎপহু কোকপা ঙমত্রবদি মহাক ভক্তশাজন্নবনি। অসিগুম্বা তৌশন্নবা মীতাগীদি মাযালাংদগী নাম্থোকবা হীদাক লৈত্রে।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অনীশুবা স্কন্দদা 'থম্মোইমুংদা লৈরিবা ঈশ্বর' কৌবা অনীশুবা অধ্যাযগী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।



## অহুমশুবা অধ্যায়

# অশেংবা ভক্তিপ্রেম সেবা

(থম্মোই ওনবা)

**শ্রীশুক উবাচ**

**এবমেতন্নিগদিতং পৃষ্টবান্ যদ্ভবান্ মম।**
**নৃণাং যন্ম্রিয়মাণানাং মনুষ্যেষু মনীষিণাম্ ॥১॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেব হায়রম্মী; এবম্—মতৌ অসুম্না; এতৎ—ৱাসি; নিগদিতম্—হায়খি; পৃষ্টবান্- নহাক্না হংলবা; যৎ—মত্থু; ভবান্—অদোম্না; মম্—ঐঙোন্দা; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; যৎ—মথু; ম্রিয়মাণানাম্—শিরমদাই য়োৱবশিংগী: মনুষ্যেষু—মী মরক্তা; মনীষিণাম্—বুদ্ধি লৈবশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ, বুদ্ধি লৈবা মীনা শিরমদাইগী মতমদা তৌগদবা মথৌগী মরমদা মহারাজনা ঐঙোন্দা হংবিখিবা ৱাহংগী পাউখুম পীজরবনি।

নৈনরোল

পৃথিবী পুম্বদা লৈরিবা মানব সমাজদা মুপী-মুপা কোটি কোটি কয়া য়াম্না লৈ; মখোয় অয়াম্বনা আত্মাগী ৱা খঙদবা মরম্না বুদ্ধি ৱাংপা হায়বত্থু ওই। মখোয় অয়াম্বনা পুন্সি করিনো হায়বসি লাম্না খঙবা ঙাক্না নম্মী, মরমদি মখোয়না মখোয়সে অপোৰা (স্থূল) অমসুং অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) ওইবা হকচাঙছুনি হায়না লৌই; অওইবদি মতুদি মখোয় নত্তে। মখোয় মানব-সমাজগী মিংয়েংদা অৱাংবা অনেম্বা থাক মথক্ত মথলগী মী ওইবা য়াই, অত্থুবু মখোয় মশাগী হকচাঙগা পুক্নীংগা অনীসি নত্তবা মখোয় হায়বত্থু ওইবা আত্মাগী মরমদা খিজন্দ্রবদি মখোয়না মীওই-পোক্নী থবক্তি হায়না তৌরিবশিংত্থু অরেম্বা ওইরবনি হায়বদি মপোক মহৈ য়ান্দ্রবনি। মরমসিনা মী লীশীঙ লীশীঙগী মরক্তা অমথক্লগদি মাগী আত্মাগী মরমদা খিজন্নম্বা য়াই অত্থুগা লাইতাক লাইরিক হায়বদি বেদান্ত সূত্র, ভগবদগীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ নৈনরম্বা য়াই। অসিগুম্বা শাস্ত্রগ্রন্থশিংদি পাঠ অমদি শ্রবণ তৌরবসু আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা গুরু অমা থেংনম্রি-বমখৈদি মহাক্না আত্মা করিনো হায়বা তশেংনা খঙবগী ৱা লৈতে। মী কোটি কোটিগী মনুংদা কনাগুম্বা অমথক্তনা ভগবান্ কৃষ্ণ হায়বত্থু তশেংনা করিনো হায়বত্থু খঙবা য়াই। চৈতন্য চরিতামৃতগী (মধ্য ২০।১২২।১২৩) মনুংদা হায়রি মত্থুদি—কৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈ হায়বা পুংকাউ কাউবগুম কাউথ্রবা মানব-সমাজ অমগী বুদ্ধি লৈবা মী কাঙবু অমনা পাঠ তৌননবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী ওইজ-থিদবা কৃপাদগী ব্যাসদেব ওইনা অবতার তৌরগা বেদ শাস্ত্র ময়ামসি লেংলম্বনি। হায়রিবা বুদ্ধি লৈবা কাঙবুসি ফাওবা ভগবান্‌গা লৈনরিবা সম্বন্ধগী মতাঙদা কাউজনথীবা য়াওরি। মাঙঙ্ৱবা সম্বন্ধসি অমুক পোকহন্নবগী উপায়দি ভক্তি-যোগ হায়বসিনি। সম্বন্ধসি অমুক হন্না পোকহনবদি মীওইবা জাতিগী দেহসি ফংলগদদা ওইথোক্তদবনি; মীওইবা মপোক ফংবদি জীবগী মপোক মথক্ত ৮৪,০০০০০ অসিদা হন্সৎ-হন্দা কোয়না পোকলুৱবা মতুঙদা

ওইবনি। মীওইবগী মপোক হায়বা খুদোংচাবসি য়াম্না লুবা রাফম অমা ওইনা বুদ্ধি-লৈবা মীতাশিংনা খনগদবা পোৎনি। মীওইনা পোকপা লোইনমক বুদ্ধি-লৈবা ঙাক নত্তে, মীওইবগী পুন্সিদি মমল য়াম্না লৈবনি হায়বসি মতম পুম্নমক্তা খঙনদে। মরমদুনা 'মনীষিণাম্' হায়বদি 'রাখল-খনবা' হায়বা রাহৈসি থোইদোকপা অমা ওইনা মফমসিদা শীজন্নরিবনি। মরমদুনা মনীষি ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ থম্বান্দা চঙজগদবনি অহুম্না লোয়্ননা ভগবান্গী নাম-লীলা শুণনচিংববু শ্রবণ কীর্ত্তন-নচিংবা ভক্তিযোগ সাধন তৌগদবনি; ভগবান্গী নাম-লীলাশিংদি হরিকথামৃত (হরিগী অমৃত ওইবা রা) ভাক্তনি। হায়রিবা থবকসি শিগদোরবা মীনা তৌফম থোকই হায়না হায়নরিবনি।

শ্লোক ২-৭

ব্রহ্মবর্চসকামস্তু যজেত ব্রহ্মণঃ পতিম্।
ইন্দ্রমিন্দ্রিয়কামস্তু প্রজাকামঃ প্রজাপতীন্ ॥২॥
দেবী মায়াং তু শ্রীকামস্তেজস্কামো বিভাবসুম্।
বসুকামো বসূন্ রুদ্রান্ বীর্য্যকামোঽথ বীর্য্যবান্ ॥৩॥
অন্নাদ্যকামস্ত্বদিতিং স্বর্গকামোঽদিতেঃ সুতান্।
বিশ্বান্দেবান্ রাজ্যকামঃ সাধ্যান্‌সংসাধকো বিশাম্ ॥৪॥
আয়ুষ্কামোঽশ্বিনৌ দেবৌ পুষ্টিকাম ইলাংযজেৎ।
প্রতিষ্ঠাকামঃ পুরুষো রোদসী লোকমাতরৌ ॥৫॥
রূপাভিকামো গন্ধর্বান্ স্ত্রীকামোঽপ্সর উর্বশীম্।
আধিপত্যকামঃ সর্ব্বেষাং যজেত পরমেষ্ঠিনম্ ॥৬॥
যজ্ঞং যজেদ্ যশস্কামঃ কোশকামঃ প্রচেতসম্।
বিদ্যাকামস্তু গিরিশং দাম্পত্যার্থ উমাং সতীম্ ॥৭॥

ব্রহ্ম—ব্রহ্ম; বর্চ্চস মঙাল (তেজ); কামঃ—অহুম্না পাম্বা মীনা; যজেত—ইবাংলি; ব্রহ্মণঃ দেবশিংগী; পতিম্—মপু; ইন্দ্রম্—স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রবু; ইন্দ্রিয় কামঃ তু—ইন্দ্রিয়গী হৈশিংববু পাম্বা মীনা; প্রজাকামঃ—মচামশু য়াম্না পাম্বা মীনা; প্রজাপতীন্—প্রজাপতিশিংবু; দেবীম্—লাইরেম্মা; মায়াম্ প্রাকৃত জগৎকী মবেম্মা দুর্গাবু; তু—তৌইগুম্বসুং; শ্রীকামঃ—শকফজনীংবনা; তেজঃ—শক্তি; কামঃ—পাম্লিবা মী; বিভাবসুম্—মৈ; বসুকামঃ—লল্ পাম্বা মীনা; বসূন্—বসুশিংবু; রুদ্রান্—ভগবান্ শিবগী শায়োন রুদ্রশিংবু; বীর্য্যকামঃ—মতীক ময়াই লৈবা পাম্বনা; অথ—মরমদুনা; বীর্য্যবান্—থৌনা য়াম্না লৈবা; অন্নঅদ্য—অচাপোৎ; কামঃ পাম্বা মীনা; তু—তৌইগুম্বসুং; অদিতিম্—দেবতাশিংবু পোকপী অদিতি; স্বর্গ—স্বর্গ (লাইরৈবাক); কামঃ—পাম্বা মী; অদিতেঃ সুতান্—অদিতিগী মচাশিং; বিশ্বান্—বিশ্বদেব; দেবান্—দেবশিংবু; রাজ্যকামঃ নিংথৌগী লৈবাক পাম্বনা; সাধ্যান্—সাধ্য দেবশিংবু; সংসাধকঃ—মীওবা থুংহনবা; বিশাম্—ললোন্ ইতিক তৌবা বৈশ্যশিংগী; আয়ুঃকামঃ—পুন্সিনীংবা মীনা; অশ্বিনৌ—অশ্বিনী কৌবা দেব মটান-মনাও অনী; দেবৌ—লাই অনী; পুষ্টিকামঃ—হকচাঙ-নোয়পেন্দুনা কনবা পাম্বা মীনা; ইলাম্—পৃথিবীবু; যজেৎ—লাংকদবনি; প্রতিষ্ঠাকামঃ—মিংচৎ পাম্বনা নৎত্রগা লেঙদবা মফম পাম্বনা; পুরুষঃ—মীনা; রোদসী—অতিয়াগী নোঙখোঙ; লোকমাতরৌ—মালেম্ লৈমা; রূপ—ফজবা শক; অভিকামঃ—পাম্বা মীনা; গন্ধর্বান্—শক ফজবা অমসুং পুঙ-ঈশৈ তৌবা গন্ধর্বলোকসী মীশিংবু; স্ত্রীকামঃ—অফবা নুপী পাম্বনা; অপ্সরঃ—অপ্সরা; উর্ব্বশীম্—স্বর্গগী খুাইগী ওইবী উর্ব্বশী; আধিপত্যকামঃ—লুচিংবা পাম্বনা; সর্ব্বেষাম্—মী পুম্নমকপু; যজেত—লাংকদবনি; পরমেষ্ঠিনম্—ব্রহ্মাণ্ডগী মকোক ওইবা ব্রহ্মা; যজ্ঞম্—পরমেশ্বর ভগবানবু; যজেৎ—লাংকদবনি; যশঃ-কামঃ—মিংচৎ পাম্বা মীনা; কোশ-কামঃ—শেল পায়বা

পাম্বনা; প্রচেতনম্—স্বর্গগী শেঙ্গাও হুনজবা বরুণঃ বিষ্ঠাকামঃ তু—মহৈ (বিষ্ঠা) পাম্বা মীনা; গিরিশম্—হিমালয়গী মলুংঙো ভগবান্ শিব; দাম্পত্য-অর্থঃ—য়ুম্বান্নীংবা মীনা; উমাম্ সতীম্—মহাদেব শিবগী তালোই উমা সতীবু।

## মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

নির্ব্বিশেষবাদগী ব্রহ্মজ্যোতিদা লুপ্পীংবা মীনা বেদপতিবু (ভগবান্ ব্রহ্মাবু নৎত্রগা বিদ্বান্ ওইবা পুরোহিত বৃহস্পতিবু) লাংকদবনি; জনন-ইন্দ্রিয় শীজন্নবদা হৈশিংবা পাম্বনা স্বর্গ নিংথৌ ইন্দ্রবু লাংকদবনি, মচা অফবা পোক্নীংবশিংনা প্রজাপতিবু লাংকদবনি, প্রাকৃত জগৎকী মবেম্মা দুর্গা দেবীবু লম্বুম পাম্বশিংনা লাংকদবনি,শক্তি পাম্বা মীনা মৈবু লাংকদবনি, শেল পাম্বা মীনা বসুশিংবু লাংকদবনি। অথৌবা বীর ওইনীংবনা ভগবান্ শিবগী অবতার রুদ্রদেববু লাংকদবনি। ফৌ চেং পাম্বশিংনা অদিতিবু লাংকদবনি। স্বর্গলোক পাম্বশিংনা অদিতিগী মচাশিংবু লাংকদবনি। জগৎরাজ্য পাম্বা মীনা বিশ্বদেববু লাংকদবনি অদুগা প্রজা মীয়াম্না য়াবা মী ওইগে হায়রগনা সাধ্যদেববু লাংকদবনি। পুন্সি শাংবা পাম্নগনা অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই মচীন-মনাংবু লাংকদবনি। হকচাঙ নোয়্-পেল্লা কনবা পাম্নগনা পৃথিবীবু লাংকদবনি। লেঙদবা কম পাম্নগনা নোঙখোঙগা মালেমগা অনীবু পুন্না লাংকদবনি। শক-যজনীংবা মীনা গন্ধর্ব্বলোকগী শকফবা মীশিংবু লাংকদবনি, মুপী অফবা পাম্বনা অপ্সরা উর্ব্বশীবু লাংকদবনি। অতৈগী মথক থোংবা পাম্বা মীনা ব্রহ্মাণ্ডগী মবুংঙো ব্রহ্মাবু লাংকদবনি। মিংচৎ পাম্নগনা পরমেশ্বর ভগবান্ লাংকদবনি, শেঙ্গাও পাম্নবা পাম্নগনা বরুণদেববু লাংকদবনি। লাইবীক হৈবা ওইনীংলগমা ভগবান্ শিববু লাংকদবনি। মুংঙাই য়ুম্বান হায়বদি অফবা মুপী ফংগে হায়রগনা শিবগী তালোই সতী উমা দেবীবু লাংকদবনি।

## মৈনবোল

মী মীদুগী লম্নাই ওইবা বিষয়দা মীংবা থুংমনদগীদমক বিষয তোঙান তোঙানবদুগী তোঙান্-তোঙান্বা পূজা লৈ। মায়াবদ্ধ জীবনা প্রাকৃত জগত্তা লৈরগা ভোগ তৌনভাই প্রাকৃত ওইবা পোৎ খুদিং খঙবা মী নত্তবা য়াই, অদুবু থবক থবক্কী ওইবা লাইদা অদু লাংলগা মীদুনা মাগী বিষয়দু খুম্ভম চনবা মথক্কী শ্লোকসিদা হায়গুম্না ঙম্বা য়াই। রাবণনা ভগবান শিব লাংলগা শক্তি য়াম্না চেনবা মী ওইখি, মহাক্না ককথৎলবা কোক কয়া শিবদা পেন্নবা শিবদা কংখি। ভগবান্ শিবগী কৃপাদগী মহাক কয়ামুক শক্তিমান্ ওইখিবগে হায়ববু লাইয়াম্না (দেবতাশিংনা) মহাকপু কিখি, কোন্থংদা মহাক্না পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রবু শীঙনরক্লবদা মহাক মথন্তা মাঙজরকখিবা মতমদুদদা লাইয়ামগী অকিবদু কোকখি। অমরোমদা হায়রগা সংসারগী ভোগবস্তু খরা নৎত্রগা লোইনমকপু পাম্বা মীতাশিং হায়বদি ঘোর সংসারীশিং শেংনা হায়বা তারবদি বুদ্ধি ঙাৎপা ভাক্তনি হায়বসি ভগবদ্গীতানা হায় (৭।২০)। মদুদা হায়রিবদি অসিনি -জ্ঞান ঙাৎপা মীশিংনা হায়বদি মায়া শুমহৎপদগী বুদ্ধি মাঙলবা মীশিংনা পুন্সিগী প্রাকৃত সুখ পুম্নমক ভোগ ফংননবা উপায় ময়াম দেবতাশিংবু পেলহল্লগা নৎত্রগা প্রাকৃত বিজ্ঞান শীজন্নদুনা ফংননবা হোৎনৈ। পুন্সিগী অওইবা সমস্যাদি পোকপা, শিবা, তনা অয়েক অমদি হন্নুরকপা হায়বা ঋাফমসি সমাধান তৌবনি। কনামতনা পোকপগী অহিকার হোংদোক্নীংদে, কনামতনা শিনীংদে, কনামতনা হন্নুনীংদে অদুগা পাঙ্গল শোনবা ওইনীংদে অদুগা কনামতনা না-যেকপা পামদে। অদুবু সমস্যাশিংসে লাইনাও ওমতগী কৃপানা নত্রগা বিজ্ঞানগী চাওখৎপা হায়বদুনা সমাধান তৌবা ঙমদে। ভগবদ্গীতানসু শ্রীমদ্ভাগবতম্সু অসিগুম্বা বুদ্ধি ঙাৎপা মীতাশিংবু জ্ঞান য়াওদবা মীনি হায়। ৮৪০০০০০ যোনিগী মনুংদা মী কৌবা যোনিদি অতাঙবনি অমসুং মমল য়াম্বনি হায়না শুকদেব গোস্বামীনা হায়; অদুগুম্বা অতাঙবা যোনিদা পোকপা মীওইবশিংগী মরক্তা সংসারগী সমস্যাশিং মন্না খঙবা মীতানা অমুক হেন্না তাঙভি; অদুদগী অমুক ভগবান্গী অমসুং মাগী

ভক্তশিংগী ৱা য়াওবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মাহাত্ম্য খঙবা মীগী মশীংনা থোইনা হেন্না তাঙডি। অপও-অশিং লোইনমক শিবা হায়বসি শোয়ত্রবনি। অদুগা পরীক্ষিৎ মহারাজদবুদি শুকদেব গোস্বামীনা 'মনীষি' হায়বদি ৱাখল ৱাংলবা মী অমনি হায়রি, মরমদি শিরমদায়দা মহাক্না মায়িকসুখ পুম্নমক লংশেল্লে অদুগা মতীক চাবা মীদগী হায়বদি শুকদেব গোস্বামীদগী কৃষ্ণকথা শ্রবণ তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া থম্মান্দা মহাবু কংথোকচখিরম্মী। মায়িক সুখ ভোগ তৌননবা হোৎনব্রিবা মীশিংগী আশাশিংদু কান্নদবনি হায়রি। অসি-গুম্বা আশাশিংদি লৈখা তারবা মীওইবশিংগী নেশা মখল অমগুম্বনি। বুদ্ধি লৈবা মীতাশিংনা অসিগুম্বা আশা ময়ামসে থাদোক্লবা হোৎনবা চুম্মী, অদুগী মহুত্তা ভগবান্গী নাক হায়বা ইয়ুমহুদা হল্লগা নিত্য জীবন (হোংবা নাইদবা লেঙদবা পুন্সি) অদু লেল্লনবা থিজনগদবনি।

শ্লোক ৮

**ধর্ম্মার্থ উত্তমশ্লোকং তন্তুঃ তন্বন্ পিতৃন্ যজেৎ।**
**রক্ষাকামঃ পুণ্যজনানোজস্কামো মরুদ্-গণান্ ॥৮॥**

ধর্ম্ম-অর্থঃ—ধর্ম্ম-তান্বা মী; উত্তমশ্লোকম্—পরমেশ্বর ভগবান্ নত্রগা মাগী ভক্ত; তন্তুঃ—মচামশু; অম্বন্—য়োক-থাক্লবগীদমক; পিতৃন্—পিতৃলোকবাসীশিং; যজেৎ—লাংকদবনি; রক্ষাকামঃ—ঙাকশেন্-পাম্বা মীনা; পুণ্য-জনান্—পুণাচেন্বা মীবু, ওজঃ-কামঃ—পাঙ্গলকন্নীংবনা; মরুৎগণান্—দেবশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্ম-তান্বা মীনা ভগবান্ বিষ্ণুবু নৎত্রগা মাগী ভক্তবু লাকদবনি; মচামশু পাম্বা মীনা পিতৃলোক (অপোকপা) লাংকদবনি; রক্ষা (অপন্-অরাক লাক্তবা) পাম্বা মীনা পুণ্যজনশিংবু (যক্ষশিংবু) লাংকদবনি; অদুগা ওজঃ (পাঙ্গল) পাম্বশিংনা দেবশিংবু লাংকদবনি।

নৈনরোল

ধর্ম্মগী লম্বেন্দি আত্মাগী অকারম তান্দুনা মনৈদা ভগবান্ বিষ্ণুগী নির্ব্বিশেষ ওইবা মঙালগা, পরমাত্মাগা অদুগা ইকোন্-কোন্বদা স্বয়ং রূপ অদুগা নিত্য-ওইবা মরীদু অমুক হন্না ফংবনি। বংশ শন্দোক্নীংবা অমসুং অনিত্যদেহগী মরীমতা য়াম্না লৈনীংবা মীতানা পিতাশিংগী (অপোকপশিংগী) অমসুং পুণ্যলোক-শিংদা লৈবা দেবশিংগী মফমদা চঙজদুনা ইরাৎ থৌনিজগদবনি। অসিগুম্বা লাই মখল মখলবু লাৎপা মীশিংনা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা লৈবা লাই-লাইশিংদুগী লমদমদা কোন্নথংদা য়োরুগনি; অদুবু ব্রহ্মজ্যোতিদা লৈবা চিন্ময় লোক অদু য়োবা মীদি খ্বাইদগী হেন্বা সিদ্ধ-অবস্থাদু ফংডী।

শ্লোক ৯

**রাজ্যকামো মনূন্ দেবান্ নির্ঋতিং ত্বভিচরন্ যজেৎ।**
**কামকামো যজেৎ সোমমকামঃ পুরুষং পরম্ ॥৯॥**

রাজ্যকামঃ—নিংথৌ ওইনীংবনা; মনূন্—মনুশিংবু; দেবান্—লাইশিংবু; নির্ঋতিম্—রাক্ষসবু (হিংচাববু); তু—অদুবু; অভিচরন্—য়েক্লববু ঙম্নীংবনা; যজেৎ—লাংকদবনি; কামকামঃ—ইন্দ্রিয়-পেন্বা পাম্বশিংনা; যজেৎ-লাংকদবনি, সোমম্—চন্দ্র (থাজ) কৌবা দেববু; অকামঃ—মায়িক কাম লৈতবা মীনা; পুরুষম্—পরমেশ্বর ভগবান্; পরম্—পুঙথোই-থোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌ ওইনীংবা মীনা মনুশিংবু লাংকদবনি। য়েক্লববু ঙম্নীংবা মীনা হিংচাবশিংবু লাংকদবনি; ইন্দ্রিয়-পেনবা পাম্বশিংনা চন্দ্রদেববু লাংকদবনি। অদুগা মায়িক সুখ পাম্নদবশিংনা পরমেশ্বর ভগবানবু লাংকদবনি।

নৈনৱোল

সংসার মুক্ত ওইবা মীগীদমক্তি মথক্তা পনথ্রিবা মায়িক সুখশিংসে করিমত্তা কাম্নদবনি হায়না লৌই। বহিরঙ্গ মায়াগী প্রাকৃত গুণশিংগী মখা পোনবা মীতাশিংতবু মায়িক সুখশিংনা শুমহৎলি। অমরোমদা হায়রগা পরমার্থীদি মায়িক সুখ ভোগ তৌনিংদে অদুগা সংসারীগীদি অপাম্বা য়াম্না লৈ। মায়িক সুখ পাম্বা অমসুং অপাম্বশিংদু থুংননবা দেবতা মখল মখলগী কৃপা থিবা সংসারীশিংদি মখোয় মখোয়গী ইন্দ্রিয়-শিংবু খুদুম চনবা ঙমদে অদুগা নাতৈ চাদবা গুক্তা তৌই হায়না ভগবান্না লাউথোকপ্রে। মরমদুনা কনামত্তনা মায়িক সুখ ভোগ পামকদে, অদুগী মহুত্তা পরমেশ্বর ভগবানবু লাৎঙম্নবা জ্ঞান চপচানা তাকম থোকই। জ্ঞান ৱাৎপা মীতাশিংগী লুচিংবশিংনা অদুম জ্ঞান ৱাৎপা ওইদুনা লৈ, মরমদি দেবতাশিংবু লাৎ-নগা মী মীদুনা নীংবদু যংঙী হায়না ইফোং ফোংনা অমসুং ইপঙ পঙনা মখোয়না প্রচার তৌরি। অসি-গুম্বা প্রচারসে ভগবদ্গীতানা অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্না তাকপগা ওম্নতৈনবা ওইবদা নত্তনা কয়ামুক পঙবা থবক্তো হায়ববু লমকোয়নবা টিকেট ক্লাৎ অমা লৈরগা মীদুনা থুংনীংবা মফমদুদা থুংবা য়ানি হায়না দাবী তৌবগী মপঙ অদুনি। বরোদা চংনবা টিকেট লৈরগা দিল্লী য়ৌবা কৈদৌঙৈদসু য়ারোই। মফমসিদা তশেংনা হায়রি—অপাম্বা মযাম্না থল্লবা মীশিংনা ইরাৎ পূজা জাত্তা জাত্তা তৌগদবনি, অদুগা মায়িক সুখ পামদবা মীনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু লাৎকদবনি। ইরাৎ অসিবু ভক্তিযোগ কৌই। শুদ্ধভক্তিযোগদি মায়িক সুখ পাম্বা তোক্নুনা ভগবান্গী সেবা তৌবনি, অসিগুম্বা সেবা তৌবদা সকাম কর্ম্মযোগ, জ্ঞান-যোগগী ৱাযম যাওবা চঙবা য়াদে। মায়িক সুখ পাম্বা থুংনবগীদমক কনাগুম্বনা পরমেশ্বর ভগবানবু পূজা তৌবা য়াই, অদুবু মদুগী যলদি তোঙাল্লি হায়বদু মথংগী শ্লোক্তা তাক্লী। ইন্দ্রিয় পেন্ননবগী মায়িক বাস-নাবু ভগবান্না অযাম্বা মতাঙদা থুংহন্দে, অদুবু মাবু লাৎপশিংদা অপাম্বশিংদু পীবা য়াওই, করম্না পীবগে হাযববু মাগী ভক্তশিংদুনা কোম্বংদা মায়িক সুখদু পান্নকলোইদৌবা মতাঙদু য়ৌবা ফাওবা। হায়রিবা ময়াম অসিনা তাকপা হায়ববু সংসার বাসনা যারিবমথৈ মশীঙ যামহন্দনবা হোৎনগদবনি, বাসনাসি লৈতনবা পরমেশ্বর ভগবানবু পূজা তৌগদবনি; ভগবানবু শ্লোকসিদা 'পরম্' হায়বদি প্রাকৃত নত্তবা পোৎ হায়না পল্লী। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনসু হায়রম্মী—'নারায়ণঃ পরোঽব্যক্তাৎ' হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দি প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈ হায়বনি।

শ্লোক ১০

**অকামঃ সর্ব্বকামো বা মোক্ষকাম উদারধীঃ।**
**তীব্রেণ ভক্তিযোগেন যজেত পুরুষং পরম্ ॥১০॥**

অকামঃ—সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা মী, সর্ব্বকামঃ—সংসারগী অপাম্বা পুম্নমক লৈবা মী; বা—নৎত্রগা; মোক্ষকামঃ—অরান খুভম পাম্বা মী; উদারধীঃ—পুকচেল্ চাউবা বুদ্ধি চেনবা মী; তীব্রেণ—অকনবা; ভক্তিযোগেন—ভক্তিযোগনা; যজেত—লাৎকদবনি, পুরুষম্—ভগবানবু; পরম্—পুঙথোই থোইববু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা মীসু, সংসারগী অপাম্বা পুম্নমক লৈবা মীসু, সংসারদগী অরান-খুভম পাম্বা মীসু, পুকচেল চাউবা বুদ্ধি চেনবা মীসু শাফু কনবা (তীব্র ওইবা) ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইদুনা পরম পুরুষ ভগবানবু লাৎকদবনি।

## নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ভগবদ্গীতাদা 'পুরুষোত্তম' হায়বদি অথোইবা পুরুষ (মুপা) হায়না বর্ণনা তৌই। নিরাকারবাদীশিংবু মহাক্কনা মহাক্কী ব্রহ্মজ্যোতিদা হায়বদি মাগী হকচাঙদগী থোরকপা মঙানমুংদা লুপহন্দুনা মুক্তি পীনবি। মুমীৎকী মঙাল্লা মুমীৎ মশাদগী তোঙান তাদবগুম্না ব্রহ্মজ্যোতিস্থ ভগবান্দগী তোঙানদে। মরমসিনা নিরাকার পরম ব্রহ্মজ্যোতিদা লুপ্পা পাম্বা মীহুস্থ ভক্তিযোগদা চৎতুনা ভগবানবু লাৎকদবনি হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্গী নৈনরিবা শ্লোকসিদস্থ হায়রি। ভক্তিযোগবু মকমসিদা পরমসিদ্ধি ফংননবগী উপায়নি হায়রি। মমাঙ থাখিবা অধ্যায়শিংদা ভক্তিযোগদি কর্ম্মযোগ অমসুং জ্ঞানযোগ অনীগী পোলোই ওইবা পম্ফুংনি হায়না হায়খ্রে; মতৌ অম্থুগুম্না অধ্যায়সিদস্থ তোঙান তোঙানবা দেবতাশিংবু তোঙান তোঙানবা মওংদা লাৎলিবম্থু পোলোই ওইবা পম্ফুংম্থু ভক্তিযোগনি হায়না লাউথোক্লি। মতৌ অম্থুম্না ভক্তিযোগবু আত্মা-উপলব্ধিগী পরম ওইবা উপায়নি হায়না হায়রি। মরমসিনা মী খুদিংনা ভক্তি-যোগগী নিয়মশিংবু অওইবা চানবা অমা ওইনা চৎবদবনি— মায়িক সুখ ভোগ তৌগে হায়বগী ওইববস্থ নৎত্রগা সংসার বন্ধন অসিদগী লাম্থোকপা (মুক্তি) পায়রবস্থ।

'অকামঃ' গী অর্থদি সংসার বাসনা (লম্ফুমচিংবগী অপাম্বা) লৈতবা মী হায়বনি। জীবদি মশানা 'পুরুষম্ পূর্ণমগী' (ভগবান্ পুরুষোত্তম মপুঙগী) অংশ ওইবনিনা পরম পুরুষগী সেবা তৌবা হায়বসি মহৌ-শানা তৌফম থোকপনি, মহুদি হকচাঙগী কায়াৎশিংনা হকচাঙ মপুমগী সেবা তৌবহন্দনি। মরমসিনা অকাম (অপাম্বা লৈতবা) হায়বদি মুঙহুম অমগুম্না লেঙদবমখৈ লৈগদবনি হায়বা নত্তে, মাগী স্বরূপ (মশাহু করিনো হায়বহু) খঙলগা পরমেশ্বর ভগবান্না মাবু পেনবীবা হায়বহুদবু পাম্বা হায়বনি। শ্রীল জীব গোস্বামী প্রভুপাদনা মহাক্কী সন্দর্ভদা অকাম ওইবসিবু 'ভজনীয পরম পুরুষ সুখ মাত্র স্ব সুখত্বম' হায়না ব্যাখ্যা তৌই। মসিগী অর্থদি ভগবাননা নুংঙাইবে পেনবিরে হায়বা খঙলবদদা ভক্তহুনা নুংঙাইহৈ। জীবনা মস্থম্না খঙবসি করিগুম্বা মতমদা সংসারগী সংসারী অমগী মায়াবদ্ধ ওইবা মতাঙদস্থ মখঙৌ, মখঙসি পরার্থবাদ (মীগীদমক হিংহুনা থবক তৌবা), লোকহিতৈষণা (মাওইববু নুংশিবা), সমাজবাদ, গণসাম্যবাদ (*Communism*) অসিনচিংবগী মওংদা বুদ্ধি ৱাৎপা মীশিংগী চাওখৎপিবা পুরক্লিংনা যোঙদোক্লি। মায়িক ক্ষেত্রদা, সমাজদা, সম্প্রদানদা, পরিবারদা, দেশদা নত্রগা মীৎহৈবগী জাতিদা হায়হুনা অতোপ্পগীদমক অথবা তৌনীংবগী মীৎয়েং অসি বিশুদ্ধ জীবনা ভগবাননা পেনবীবগা পেনবা যৎবগী মরু ওইবা মউ (মূল দৃষ্টি) অহুগী শরুক মচেৎ অমা উৎপনি। অসিগুম্বা (ভগবাননা পেল্লা লোইরে হায়বা) পূকচেল অথোইবসি ভগবানগী মু ডাইনবগীদমক ব্রজবালাশিংনা উৎখি। পোপীশিংনা মস্তুৎ-থিদবা মন্তংশিদা ভগবানবু নুংশিখি, মসিনি 'অকাম' ওইবা পূকচেনগী অযৌবী মউৎ হায়বদো। 'কাম' (অপাম্বা) হায়বা পূকচেন্দি হায়বদি মশা মশাগী পেনবা হায়বসিদি মায়িক জগৎত্তা মপূঙ ফানা উৎলি, অহুগা অকামঃ হায়বা পূকচেন্না বৈকুণ্ঠ জগত্তা মপূঙ ফানা উৎলি।

ভগবান্গা ঐমতা ওইশনবা হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতিদা লুপ্পা হায়বসিস্থ লুপ্পিবা জীবশিংহুনা সংসারগী অৱাবা মৈচাক নয়াম কোক্লগা মশা মশাগী পেন্নবগীদমক্তা ওইরবদি কাম-গী পূকচেন মউৎ অমনি। বিশুদ্ধ ভক্তদি সংসার মৈচাক কোকপগীদমক্তা মুক্তি পামদে। মুক্তিনি হায়রিবা পোৎতু য়াওদ্রবস্থ ভক্তনা ভগবান্গী পেন্নবদা পাম্মী। কামগী পূকচেন্না থুহুম চনবা মরম্না অর্জুন্না কুরুক্ষেত্রগী লান্যমদা লান তৌনীংখিদে মবমদি মহাক্কী পেন্নবগীদমক মহাক্না মাগী মরীমতাশিংগী থৱাই কন্নীংখি। অহুবু মশানা বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইবা মবম্না মহাক ভগবান্গী পাউতাক মতুং ইন্না লাম্থেংনগে হায়না য়াখি মরমদি মহাক

কোম্বংদা জ্ঞান তারকখি অদুগা মশাগী মুংঙাইবা-পেন্‌বা থাদোক্লুনা ভগবান্‌গী পেন্নবা তৌবনা মাগী থোকোক্লি হায়বদু খঙলকখি। মতৌ অসুম্না মহাক "অকাম" (অপাম্বা-লৈতবা) হায়বদু ওইরকখি। অদুনি অয়োবী থাক্কী মীনা কাগদবা অয়োবী মতাং হায়বদু।

"উদারধীঃ" হায়বদি মীৎয়েং পাক চাউবা হায়বনি। মায়িক সুখ পাম্বা মীশিংনা লাইনাও দেবতা-শিংবু লাংলী, অসিগুম্বা বুদ্ধিবু হৃতজ্ঞান' জ্ঞান মাঙলবা মীগী বুদ্ধি হায়না ভগবদ্গীতানা যাদে (৭।২০)। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী যাথং নত্তনদি দেবতা লাইনাওশিংদগী কর্ম্মফল করিমতা ফংবা ঙমদে। মরমসিনা উদার-বুদ্ধি ওইবা মীশিংনা মায়িক সুখ ফংনবগী থৌ লোইবা মপুদি পরমেশ্বর ভগবান্তুনি হায়বা খঙঙী। ফিভম মতা মযামসিনা তাকপদি, উদারধী ওইবা মীনা মায়িক সুখ পাম্নবসু নৎত্রগা মোক্ষ পাম্নবসু পরমেশ্বর ভগবান্‌বুতা চংচনা লাংকদবনি হায়বসিনি। অকাম নৎত্রগা সকাম নৎত্রগা মোক্ষকাম অমা হেক্তা ওইরবসু মী খুদিংনা ভগবান্‌বু লাংপসি থুনমক হৌগদবনি। মসিনা তাকপদি কর্ম্মগা জ্ঞানগা যাওদবা ভক্তিযোগ হায়বদু অযোবী যৌনা চংকদবনি। মুমীৎকী মঙান অশেঙবনা শাথিবা পাঙ্গল চেনবগুম অমসুং মদুগীদমক 'তীব্র' কৌবগুম বিশুদ্ধ ভক্তিযোগ শ্রবণ, কীর্ত্তনচিংবসি মী খুদিংনা অতোপ্পা থাখল পাদোক্লুনা চংকদবনি।

শ্লোক ১১

**এতাবানেব যজতামিহ নিঃশ্রেয়সোদয়ঃ।**
**ভগবত্যচলো ভাবো যদ্ ভাগবতসঙ্গতঃ॥১১॥**

এতাবান্‌ – (ইডাৎ থৌনি তৌরিবা) মখোযসি, এব – লেপ্পমক, যজতাম্ – লাংলিঙৈদা, ইহ – হুদক মপাক্তাঃ নিঃশ্রেয়স – মঙ্গল, উদয়ঃ ওইবা, ভগবতি – ভগবান্দা, অচলঃ – লেঙদবা, ভাবঃ ভক্তি, যৎ মদু, ভাগবত ভগবানগী ভক্ত, সঙ্গতঃ – লোয়নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রনচিংবা দেবতা মখল মখলবু লাংলিবা মীশিংসি পৃথিবীসিদা ভগবানগী ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবদগী ভগবানগী মযমদা লেঙদবা ভক্তি পোক্লকপনা মখোযগী মঙ্গল অপুন্না ওইবে।

নৈনাবাল

প্রাকৃত জগৎকী মনুংদা পুন্সিগী ফিভম মাল মখাদা লৈবিবা জীব পুম্নমক হায়বদি ইহান হানবা দেবতা ব্রহ্মাদগী ককচেং পিথক যাওবা প্রকৃতিগী হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানগী বহিরঙ্গ মায়াশক্তিগী নিয়ম্না যা পুন্নবা ঙাক্লি। জীবনা মাগী অশেঙবা ফিভমদা লৈবা মতমদা মহাক ভগবানগী অংশনি হায়বা অসি খঙঙী, অদুবু মহাক্না প্রাকৃত জগত্তা তাববা মতমদা মায়িক শক্তিবু খুদুম চন্নীংলকপা। মবমদগী মহাকপু পাকৃত গুণ অহুম্না যাদুনা থম্বা মরম্না থ্বাইদগী হেনবা কান্নবা অদু পামদুনা ফংনবা হিংনবা হোৎনৈ। হিংননবা হোৎনবসি মায়িক সুখ পাম্বদগী লম্মৈ-থাম্মৈ যাগে তাম্নবগুম্বনি। মায়িক সুখ ফংনবগী থৌবাং পুম্নমক অধ্যায়সিগী মাংথাবা শ্লোকশিংদা তাকপা থৌ মদু ইন্না দেবতা মখল মখল পূজা তৌদুনা নৎত্রগা ভগবান্‌গীরা দেবতাশিংগীরা লাই অমতগী মতেঙ লৌদুনা চাওখৎলবা আধুনিক বিজ্ঞান শীজন্নদুনা তৌরিবা থৌরাং পুম্নমক--ওইদবা ঙাক্লনি, মরমদি মুংঙাইনবগীদমক তৌবিবা অসিগুম্বা থৌরাংশিংসে তৌন তৌনমক মায়াবদ্ধ জীবনা প্রাকৃত সৃষ্টিগী মনুংদা জীবন সমস্যাশিং হায়বদি পোকপা, শিবা, হন্নবা অমদি অনায়েরচিংবসি কদৌঙৈদসু লীৎথোকপা ঙম্মোই। ব্রহ্মাণ্ডগী ইতিহাসদি অসিগুম্বা থৌরাংজাও য়াম্না লৈবগী রা ঙাক্লা থল্লী অদুগা নিংথৌ কয়া নিংথৌরেন কয়ানা থৌরাং লাংলম্বগী বাবী থনম্নগা চংখি। অদুবু পুন্সিগী মক-ওইবা সমস্যাশিংসিদি অসিগুম্বা থৌরাংজাওশিংনা হোৎনা হোৎননা কোকপা যাদবা ওইনা অদুম মরৈরে।

তশেংনা হায়রগদি মীওইবগী পুন্সিদি পুন্সিগী সমস্যা কোক্নবা উপায় পুথোক্নবগীদমক্তি। অদুবু সমস্যাশিংসে দেবতাশিং পেলহনবনস্তু, ইড়াং-পূজা মখল মখেল তৌবনস্তু নত্রগা বৈজ্ঞানিক ওইবা জ্ঞান চাওখৎপনস্তু ভগবান্গী নৎত্রগা দেবতাশিংগী মতেঙ নত্তনদি কনামতনা কোকহন্বা ঙম্মোই। ঈশ্বরগী নৎত্রগা দেবতাশিংগী রা থওইদবা সংসারীশিংগী রাদি লায়রল্কুনা বেদশিংনা অনীংবা মখল মখা ফংনবগীদমক দেবতা মখল মখাবু পূজা তৌ হায়রি, মরমদুনা দেবতাশিংসে ওইদবা হায়বদি রাখল্লা পঙশা শাজনবা নত্তে। দেবতাশিংসে ঐখোয়দৌনা তশেংনা লৈরিবনি, অদুবু মখোয়সে ব্রহ্মাণ্ডগী শাসন-বিভাগ মখল মখল পান-হনবগীদমক লৈদুনা ভগবান্গী সেবা তৌবগী মরম্না শক্তি-লৈবা ঐখোয়দগী হেল্লি। রাফমসি ভগবদগীতা-নস্তু হায়রিবনি; দেবতা ময়ামসিগী মখোয় মখোয়গী লোক ময়ামস্তু দেবতা মকোক ভগবান্ ব্রহ্মাগী লোক য়াওনা লৈ হায়বসিস্তু ভগবদগীতাদা পল্লি। ঘোর সংসারীশিংনা ভগবান্ অমদি দেবতাশিং লৈ হায়বসি থাজদে। মখোয়না খ্বাইদগী নকপা চন্দ্রলোক অসি কাবা ঙম্মে হায়দুনা য়াম্না লাঙ-খোৎলি, অদুবু মখোয়গী যন্ত্র থিজনবদা মতুঙদা ফংবা রারোলদি করিস্তু য়াওদবগুম্মী; চন্দ্রলোক অদুদা লম য়োন্বগী রা ফোঙশল্লদুনস্তু নাপলজাও বৈজ্ঞানিকশিংনা হায়বদি ঘোর সংসারীশিংনা থাগী লৈবাক্তা লৈরুবা ঙমদে। অদুনদি মখোয়না মশীংফাওবা থীবা ঙমদ্রিবা লোক অতৈদা য়োৌবগী রাদি করিমুক হায়গনি। অদুম ওইনমক, বেদ-চৎপা মীশিংনা জ্ঞান তান্শনবগী থৌওং অতোপ্পা অমদি লৈতবা নত্তে। মখোয়না বেদগী রাদি লৌগদবা রানি হায়না পুরা লৌয়ি. রাফম অদু ঐখোয়না অহান্বা স্কন্ধদা হান্ননা নৈনগ্রবনি। মবমদুনা মখোয়দি ভগবান্গী, দেবতাশিংগী অমস্তুং মখোয়গী তোঙান্ তোঙান্বা থামশিংগী রা মরমচাণ মওংদা মপূঙ ফানা খঙতি। মখোয়গী হায়রিবা লোকশিংসি খরনা প্রাবৃত জগৎনুংদা লৈ অদুগা খরনা প্রাকৃত আ-কাশগী রাংবা পরব্যোমদা লৈরিবনি। হায়বদি শঙ্কর, রামানুজ, মাধ্ব, বিষ্ণুস্বামী, নিম্বার্ক অমস্তুং চৈতন্য-নচিংবা ভারতকী অচৌবা আচার্যশিংনা য়ানরবা অদুগা পৃথিবীগী মরুওইবা মীশিংনা নৈনরিবা খ্বাইদগী হেন্না মরা চৎপা ওইরিবা বৈদিক সাহিত্যদি ভগবদগীতানি, লাইরীক অসিদস্তু দেবতাশিংবু ইড়াং পূজা তৌবগী রা অদুগা মখোয় মচা মচাগী লৈফম লোক লৈবগী রাস্তু পল্লি। ভগবদগীতানা (৯।২৫) না হায়রি :—

যান্তি দেবব্রতা দেবান্ পিতৃন্ যান্তি পিতৃব্রতাঃ।
ভূতানি যান্তি ভূতেজ্যা যান্তি মদ্‌যাজিনোঽপি মাম্॥

"দেবশিংবু নীঙবা মীনা দেবশিংগী লোক তান্না চৎলি, অপোকপা নীঙবা মীশিংনা অপোকপশিংগী লোক তাল্লি। ঘোর সংসারীশিংনা ভৌতিক লোকশিংদা লৈ, অদুবু (ভগবান্) ঐবু লাৎপশিংনা ঐগী নাক্তা চৎলি।"

ভগবদগীতাদগী ঐখোয়না খঙবদি প্রাকৃত জগৎকী লোক ময়ামসি হায়বদি ব্রহ্মলোক য়াওনা লোইন-মক মতম কক্লা লৈবনি, অকক্নবা মতমদুগী তুংদা মখোয় লোইশনগদবনি। মরমদুনা দেবতাশিং অমস্তুং মখোয়বু তুংইন্রিবা পূয়মক প্রলয়গী মতমদা অদুম লোইশন্গদবনি। অদুবু ভগবান্গী থামদা চৎপা জীবদি অদুম নিত্য জীবনগী শরুক ফংঙি। মসি বৈদিক সাহিত্যনা হায়বা রানি। দেবতা লাৎপশিংগীনা বেদগী বচন থাজবনিনা নাস্তিকশিংনা ফংদবা সুবিধা অমা ফংঙি, মরমদি মখোয়না বেদ থাজবনিনা ভগবদ্ভক্ত-শিংগা সঙ্গ তৌবদগী পরমেশ্বর ভগবান্বু উপাসনা তৌদুনা কাক্লজে। ঘোর সংসারীশিংনা বেদগী রা অমতা থাজদবনিনা মপুঙফাদবা চাংয়েং বিদ্যা হায়বদি প্রাকৃত বিজ্ঞানবু থাজবা হায়বা ওইদবা মঙ্গাঙ্গা অদুনা হোইদুনা মতম পুম্বা অমম্বদা লৈ, মখোয়গী বিদ্যাদুদি চিন্ময় বিদ্যাদু ফংননবা বিদ্যা নত্তে।

মরমসিনা ঘোর সংসারীশিংনা হায়বদি অনিত্য ওইবা দেবতাশিংবু লাৎলিবশিংনা ভগবদ্ভক্তগুম্বা পরমার্থিশিংগা সঙ্গ তৌগ্রিমখৈ মখোয়না হোৎনজবা অপুম্বা ফুদিৎতা মাঙজোং চোংবগুম্বনি। ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্ত ওইবা লাইগুম্বা মীতাশিংগী কৃপানা মীওইবা পুন্সিগী ৱাংলেন ৱাংবা সিদ্ধি হায়বা শুদ্ধ ভক্তিচু ফংবা ঙমগনি। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তদনা অকারম ওইবা পুন্সিগী লম্বী উৎপা ঙম্মী। নত্রগদি ভগবান্গী নত্রগা দেবতাশিংগী ৱারোল য়াওদবা সংসারীগী ওইবা লম্বীনা অমসুং অনিত্য ওইবা সংসার-সুখ ফংনবগীদমক দেবতাশিংবু লাৎপদা লেপ্লিবা পুন্সিগা অনীসিদি মওদ্রঙদা উবা, তোঙাল্লবা পোত্তাগুম্বনি। ৱাফমশিংসি ভগবদ্গীতাদসু ফজনা তাক্লী; অদুবু ভগবদ্গীতাগী অর্থ খঙবদি শুদ্ধ ভক্তশিংগা তিন্নরগদা ওইগদবনি, ৱাজনীতি ৱালাশিংগী ব্যাখ্যানা নৎত্রগা মায়াবাদীশিংগী ব্যাখ্যানা খঙবা ঙমগদবা নত্তে।

শ্লোক ১২

**জ্ঞানং যদাপ্রতিনিবৃত্তগুণোর্মিচক্রমাত্মপ্রসাদ উত যত্র গুণেষ্বসঙ্গঃ।**
**কৈবল্যসম্মতপথস্ত্বথ ভক্তিযোগঃ কো নির্বৃতো হরিকথাসু রতিং ন কুর্য্যাৎ ॥১২॥**

জ্ঞানম্—জ্ঞান; যৎ মদু; আ -আ ফাওবা, প্রতিনিবৃত্ত—মপুঙফানা হন্দোক্লবা; গুণ-উর্ম্মি--প্রাকৃত গুণগী ঈথক; চক্রম্- ইরৈ, আত্মপ্রসাদঃ—মশাগী পেন্‌বা; উত—থোইদোক্লা, যত্র-- মফমদুদা; গুণেষু- প্রাকৃত গুণশিংদা; অসঙ্গঃ- হকচন্দবা; কৈবল্য—পরমার্থগী ওইবা; সম্মত—য়ারবা; পথঃ- লম্বী; তু অদুবু; অথ- মরমদুনা; ভক্তিযোগঃ- ভক্তিযোগ; কঃ—কনানা, নির্বৃতঃ--লুপ্লবা, হরিকথাসু--ভগবানগী ৱারীদা; রতিম্ চিংশন্‌বা; ন কুর্য্যাৎ— তৌরোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান হরিগী মরমদা পারমার্থিক জ্ঞান হায়বদুদি প্রাকৃত গুণশিংগী ঈথক-ইপোম পুঙলেপ-লেপহন্নবা জ্ঞান অদুনি। প্রাকৃত সঙ্গ লৈতবা মরম্না কৈবল্যগী লম্বীনা য়ানরবা ওইবনা অসিগুম্বা জ্ঞান-দি ঈশাগী পেন্নবনি। কনানা মদুদা বতি লৈরোইদৌবা য়াওগদগে।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাগী ৱা হায়রগদি (১০।৯) শুদ্ধ ভক্তগী চৰিতশিংদি অঙকপনি। শুদ্ধভক্ত অমগী থবক অপুম্বা মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবান্গী সেবাদা তৌবা ঙাক্তনি: অদুনা শুদ্ধ ভক্ত মশেল মখোয়গী মুংঙাইবদু ফোঙদোক্নরগা প্রাকৃত-নত্তবা আনন্দদু আস্বাদন তৌই। প্রাকৃত-নত্তবা আনন্দসি সাধন অবস্থাদসু ভক্ত ওইদোরিবা মীদুনা আস্বাদন তৌই করিগুম্বা মতীক্তাবা গুরু অমগী লমজিংদা সাধন অদু চুম্না চত্থরবদি। সিদ্ধ অবস্থাদা হায়রিবা আনন্দসিনা অসুম ওইখৎলকপদুনা ভগবান্গা জীবগা স্বরূপ মতুং ইন্না থোই-দোকপা সম্বন্ধ লৈবদু উপলব্ধি ওইবগী থাক অদু য়োৌগনি। (সম্বন্ধগী থাক অদু অসুম অসুম ওইখৎ-লকপনা কান্তা-প্রেমগী থাক য়োৌগনি, থাক অসি খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্নি)। ভগবান্‌বু ফংবগী অমতা ঙায়বা উপায়দু ওইবনা ভক্তিযোগবু 'কৈবল্য' কৌরিবনি। শ্রীজীব গোস্বামীনা বেদগী মত (একো নারায়ণো দেবঃ পরাবরাণাং পরম আস্তে কৈবল্য-সংজ্ঞিতঃ) অসি মতাঙ অসিদা উদ্ধৃত তৌই অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্ নারায়ণসি কৈবল্য হায়না খঙনৈ হায়বদি অমসুং ভগবান্‌বু ফংননবা অমতা ঙায়বা উপায়বু কৈবল্য -পন্থ কৌয়ি হায়বা ৱাফমসি লেংদবনি হায়না তাকপীরম্মী। কৈবল্য-পন্থসি শ্রবণ হায়বদি হরিগী ৱারী নাকোঙনা তাবদগী হৌয়ি, অদুগা অসুম্না হরি-কথা শ্রবণ তৌবগী ফলদি পারমার্থিক জ্ঞান ফংবনি: মদুনা সংসার বিষয়দা বৈরাগ্য (পামদবা) পোকই। অসিগুম্বা সংসার বিষয়গী মহাওদি ভক্তনা পামদে। ভক্তগীদমক্তি ৱাজনৈতিক অমসুং সামাজিক ওইরবসু সংসার-বিষয়গী থবকশিংদু পাম্নঙাই ওইদে। অদুগা

সিদ্ধ অবস্থা য়োরবদদি ভক্তনা মহাক্কী হকচাঙ ফাওবা থোশারক্তে অত্তুনা হকচাঙগী ওইবা মরীমতাশিংগী ঋাদি করিমুক হায়গনি। ফীভম অসি য়োবা মতমদদি প্রাকৃত গুণগী ঈথক-ইপোম্না মঙোন্দা থেংলবদা করিমতা নাচুংদে। প্রাকৃত গুণগী মখল থন্না লৈ। মীচম অমনা থরাই য়াওনা তৌনরিবা সাংসারিক কর্ম্ম ময়ামদু ভক্ত অমনদি থোইনা পায়ৎবা লৈত্রে। ফীভম মতাসিবু "প্রতিনিবৃত্তগুণোর্মি" হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা উৎলী। মসি আত্মপ্রসাদনা হায়বদি মপূঙফাবা ঈশানা পেনজবা সংসার-বিষয়গা মরী লৈনবা মরম্না ওইবা য়াই। ভগবানগী উত্তম ভক্তদি হায়রিবা মতাঙসি ভক্তিযোগদনা পাম্বৈ ওইত্তুনা ফংবা য়াই। মহাক্না অত্তুক ঋাংবা থাক্তা লৈববসু ভগবানগী পেন্নবগীদমক ভগবানগী গুণ কীর্ত্তন তৌবগী লম্নাই-পাম্বা ওইনা চোংথোক্তুনা প্রচারক অমা ওইবা য়াই অমসুং সংসারগী ওইবা থবক ফাওবা লোইনমক ভক্তিযোগদা পান্সন্দুনা অনৌবা সাধক ভক্তশিংগী সাংসারিক বাসনা অত্তুবু চিন্ময় আনন্দ ওইহন্নবগী তাঞ্জা অমা পীবিবা য়াই। শ্রীল রূপ গোস্বামীনা শুদ্ধ ভক্ত অমগী থবক মতাসিবু 'নির্ব্বন্ধঃ কৃষ্ণ-সম্বন্ধে যুক্তং বৈরাগ্যম্ উচ্যতে' হায়না বর্ণনা তৌয়ি। সংসারগী ওইবা থবক ফাওবা ভগবৎ-সেবাগা মরী লৈনহল্লবদি থবক অত্তু 'কৈবল্য' গী থবক ওই হায়না শীঙথানৈ।

শ্লোক ১৩

**শৌনক উবাচ**

**ইত্যভিব্যাহৃতং রাজা নিশম্য ভরতর্ষভঃ।**
**কিমন্যৎ পৃষ্টবান্ ভূয়ো বৈয়াসকিমৃষিং কবিম্ ॥১৩॥**

শৌনকঃ উবাচ শৌনক না হায়রম্মী; ইতি—অসুম্না; অভিব্যাহৃতম—হায়খিবা বা পুম্না; রাজা—নিংথৌনা; নিশম্য- নাকোংনা তাবগা, ভরত ঋষভঃ—মহারাজ পরীক্ষিৎ, কিম্—করি, অন্যৎ অতৈ; পৃষ্টবান্—হংখি, ভূয়ঃ অমুক; বৈয়াসকিম্—ব্যাসদেবগী মচানুপাদা; ঋষিম্—ঋষিদা; কবিম্—কবিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবগী মচাবুংগো শ্রীল শুকদেব গোস্বামীদি য়াম্না লাইবিক হৈবা ঋষিনি অদুগা কবিতাময় (শৈরেংগী) মওংদা বর্ণনা হৈবা মীনি হায়বদি কবিনি। মহাক্না হায়খিবা ঋা পুম্নমক্তু মনাকোংনা তাববা মতুংদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা করি অমুক হংখি।

নৈনরোল

ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তদি মশানা অত্তুম দৈব-গুণশিং (লাইশিংনা চেনবা গুণশিং) অত্তু চেনখৎলকই। গুণশিংদুগী মরক্তা অথোইবা গুণ খরদি মখাদগীসিনিঃ—মহাক্তি থৌজান হৈবনি, শান্তি পাম্বনি, অচুম্বা ঙাঙবনি, তঙাদবনি, অবাল-অত্তুই-চেন্দবনি, পুকচেল-চাউবনি, মেঙ-তপ্পনি, লু-নাম্নী, লম্মুম-লোইনীংদবনি, পুম্নমক্কী য়াইফহন্নীংবনি, পেন হৈবনি, কৃষ্ণদা কখোকচরবা হায়দুনি, অপাম্বা লৈতবনি, চম্বনি, লেঙগনদবনি, মশাবু খুত্তম চনবনি (আত্মসংযমীনি), চাং অমনা চাবা থকপনি (মিতাহারীনি), বুদ্ধি-চোইদবনি, ব্যবহার নাইবনি, নাপন-চাউদবনি, চীঙ-লেম্বনি, মুংশিচাউবনি, মক্লপকী পুকচেন চেনবনি, ঋাহৈ-ঋাতা-খঙবনি, থবক তৌবদা হৈ শিংবনি অমসুং ঋা ঙাঙগন্দবনি (মৌনী নি)। ভক্তগী গুণ কুনতরুক অসি কৃষ্ণদাস কবিরাজনা মহাক্কী চৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রম্বনি, মখোয়সিগী মমুঙদা কবি (ঋাহৈ-ঋাতা-খঙবা) ওইবগী গুণ অসি শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী মতাঙদা থোইদোকপা অমা ওইনা মফমসিদা পল্লী। শ্রীমদ্ভাগবতমবু মহাক্না খীদুনা (আবৃত্তি তৌদুনা) উৎপসি কবিত্বগুণগী অবদান অচৌবা অমনি। মহাক্তি আত্মা উপলব্ধি তৌরবা ঋষি অমনি। অমরোমদা হায়রগা মহাক ঋষিলক্তা কবি অমনি।

শ্লোক ১৪

**এতচ্ছুশ্রূষতাং বিদ্বন্ সূত নোঽর্হসি ভাষিতুম্।**
**কথা হরিকথোদর্কাঃ সতাং স্যুঃ সদসি ধ্রুবম্ ॥১৪॥**

এতৎ—মসি; শুশ্রূষতাম্—শ্রবণ তৌজনীংবশিংগী; বিদ্বন্—হে লাইরীক হৈবা; সূত—সূত গোস্বামী; নঃ—ঐখোয়দা; অর্হসি—তৌবদা মতীক ওই; ভাষিতুম্—ঙাঙবিবা; কথাঃ—ৱারীশিং; হরিকথা-উদর্কাঃ—হরিগী ৱানা মতোল লোম্বা; সতাম্—ভক্তশিংগী; স্যুঃ—ওইবা য়াই; সদসি—সভাদা; ধ্রুবম্—লেপ্পমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে লাইরীক হৈবা সূত গোস্বামী, অসিগুম্বা কথাশিংদু ঐখোয়দা লীথবিখো মরমদি কথাশিংদু তানীংবনা খোৱাংলবা ঐখোয়নি। অদুদসু নত্তুনা, হরিগী মরম নৈনবনা মতোল লোম্বিবা কথাশিংদু ভক্তশিংগী সভাদা লেপ্পমক নৈনবিগনি।

নৈনৱোল

শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংলম্বা ভক্তিরসামৃত সিন্ধুদা য়াওবা শ্লোক অমা মথক্তা পন্লে; মদুদি সংসারগী বিষয় ওইবা থবকশিংসু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পান্সল্লবদি অপ্রাকৃতনি হায়বদি চিন্ময়নি হায়না লৌয়ি। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা, বুদ্ধি ৱাংপা মী কাঙলুপশিংগী হায়বদি (স্ত্রী, শূদ্র অদুগা অৱাংবা বর্ণদা পোকপা মতীক্তি চাদবা মচা মগুশিংগী) থোইদোকপা ওইনা লৈবা রামায়ণ মহাভারত কৌবা মহাকাব্য নংত্রগা ইতিহাস হায়বা লাইরীক অনীসিবু বৈদিক সাহিত্যনি হায়না লৌনৈ মরমদি লাইরীক অনীসি ভগবান্গী লীলাশিংগা মরী লৈননা লেংখিবনি। বেদবু ঋক্, সাম, যজুঃ অমসুং অথর্ব্ব হায়না বিভাগ মরী থোক্লা খায়রবা মতুংদা মহাভারতপু মঙাশুবা বেদ বিভাগনি হায়না লৌয়ি। বুদ্ধি ৱাংপা মীতাশিংনা মহাভারতপু বেদগী শৱক অমনি হায়না লৌদে অদুবু মহর্ষিশিংনা অমদি মহাজনশিংনা লাইরীক অসিবু বেদগী মঙাশুবা বিভাগনি হায়না লৌয়ি। ভগবদ্গীতাসু মহাভারতকী শৱক অমনি, অদুগা বুদ্ধি থোদবা মীদা পীনবা ভগবান্গী পাউতাক্লা থন্বা লাইরীক্নি। বুদ্ধি ৱাংপা মীতা খরনা ভগবদ্গীতাসি য়ুম্বান্বা মীতাশিংগী (গৃহস্থশিংগী) ওইননবা পোত্তা নত্তে হায়না লৌয়ি, অদুবু অসিগুম্বা অপঙবশিংনা কাউরিবদি ভগবদ্গীতাদু গৃহস্থ অর্জ্জুনগী মফমদা তাকখিবনি অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু গৃহস্থগী ভূমিকাদা লৈরিঙৈদা ঙাঙখিবা ৱানি হায়বসিনি। মরমদুনা ভগবদ্গীতাদি বৈদিক জ্ঞানগী ওইবা অৱাংবা থাক্কী ওইবা দর্শন য়াওবা লাইরীক ওইরবসু আত্ম-বিদ্যাগী থোঙদা অহান্বা চঙবা মীতাশিংগীনি, অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতমদি আত্ম-বিদ্যাগী বি, এ এম, এ, গী থাক্তা লৈবা মীগীনি। মরমদুনা মহাভারত, পুরাণশিংনচিংবা অদুগুম্বা ভগবল্লীলানা থল্লবা অতৈ লাইরীকশিং পুম্নমক আত্মবিদ্যাগী সাহিত্য ঙাক্তনি। হায়রিবা লাইরীকশিংসি ভক্ত সমাজ মরক্তা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা নৈনফম থোকয়ি।

অৱাবদি, অসিগুম্বা লাইরীকশিংসে শেন্দান্বা মীতাশিংনা নৈনরকপা মতমদা ইতিহাস অমদি মহাকাব্যগুম্বা মীরম্লেনগী সাহিত্য ওইরবোই মাল্লি, মরমদি লাইরীকশিংসিদা ঐতিহাসিক তথ্যানচিংবা ৱা য়াম্না য়াওয়ি। মরমসিনা অসিগুম্বা লাইরিক্তি ভক্ত সমাজ মনুঙদা নৈনগদবনি হায়না মফমসিদা হায়রিবনি। লাইরিকশিং অসি ভক্তশিংনা নৈনরমম্লবদি অৱাংবা থাক্কী মীশিংনা মহাও থঙলগ্নোই। মরমসিনা অৱোইবা ৱা হায়ববু ভগবান্দি নির্ব্বিশেষ নিরাকার হায়বদু নত্তে হায়বসিনি। মহাক্তি পরম পুরুষনি (পুঙথোই থোইবা মুপানি) অদুগা মাগী থবকসু মখল মখানি। জীব পুম্নমক্কী লমজিংবনি মহাক্তি, মহাক্লা নীংলকপগা সংসারদা পুথরবা (পতিত) মীশিংবু উদ্ধার তৌবিগে হায়বগীদমক মাগী যোগমায়া শক্তি শীজল্লদুনা মর্ত্ত্যদা কুমথরকয়ি। মরমসিনা মহাক্লা সামাজিক, রাজনৈতিক অমদি ধর্ম্মনৈতিক নেতাশিংগুম্না লীলা শাম্নে। অসিগুম্বা ভূমিকাশিংসিনা ভগবান্গী বিষয়না মমৈ তারকপনিনা অসিগুম্বা অহোৱগী বিষয়শিংসু আধ্যাত্মিক ঙাক্তনি। মদুম্না তৌবনা মীওইবা সমাজনা লৈবাক্কী ওইবা তৌরিবা থবকপু আধ্যাত্মিক ওইহন্নবগী উপায়নি। মীওইবশিংনা ইতিহাস অমদি মীরম্লেনগী সাহিত্য অতৈ হায়বদি ৱারী-

মচা, উপন্যাস, নাটক, পত্রিকা, খবরচেনচিংবা অসি খণ্ডনিং হৈনীংঙি, অদুনা মখোয়দু ভগবান্গী সেবাগা মরী লৈনহল্লু, অদু ওইরবদি মখোয়দু ভক্তশিংনা আস্বাদন তৌনীংবা বিষয় ওইগনি। ভগবান্দি নির্ব্বিশেষনি মহাক্তি থবক তৌদে, মহাক্তি মমিং মথা য়াওদবা লোনথোক্তবা নুঙডুম অমনি হায়না তৌবা প্রচারনা মীশিংবু ঈশ্বর য়াদবা, ধর্ম্ম নাইদবা অসুর ওইননবা থৌগৎলে, অদুগা মখোয়না অদুক্কী মতীক ভগবান্গী প্রাকৃত নত্তবা লীলাশিংদগী থৈদোক্তবা তৌরিবমখৈ মখোয় মীরয়েনগী থবক ভাক্তদা হৈনগনি, মতুগী ফল ওইনা ভগবানগী নাক মরানয়াইদুদা হুন্বগী মতুত্তা নরক কোমগী লম্বী ফাৎপদমক ওইগনি।
* শ্রীমদ্ভাগবতমদি পাণ্ডবশিংগী ইতিহাসতগী হৌরিবনি (রাজনৈতিক অমসুং সামাজিক কর্ম্মশিং য়াওনা), অদুম ওইনমক শ্রীমদ্ভাগবতম্বু পরমহংস-সংহিতা হায়বদি পরমার্থী মকোকশিংগী ওইবা বৈদিক সাহিত্যনি হায়বিবনি। মসিদা 'পরম জ্ঞানম' (হায়বদি পরমার্থগী জ্ঞান) অদু বর্ণন তৌয়ি। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্ত পুম্নমক পরমহংস ওাক্তি, মখোয়দি ঈশীং য়াল্লবা শঙ্গোমদগী শঙ্গোমদু ডাক থকপা হৈবা হংসনি (কাঙডনি)।

শ্লোক ১৫

**স বৈ ভাগবতো রাজা পাণ্ডবেয়ো মহারথঃ।**
**বালক্রীড়নকৈঃ ক্রীড়ন্ কৃষ্ণক্রীড়াং য আদদে ॥১৫॥**

সঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; ভাগবতঃ ভগবান্গী তচৌবা ভক্ত, রাজা মহারাজ পরীক্ষিৎ, পাণ্ডবেয়ঃ—পাণ্ডবশিংগী মশূঃ মহারথঃ অচৌবা লাম্মী, বালক্রীড়নকৈঃ—অঙাংগী শান্নপোৎ, ক্রীড়ন শান্নদুনা; কৃষ্ণ—ভগবান কৃষ্ণ, ক্রীড়াম—শান্নবা (লীলা), যঃ—মহাক; আদদে—লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডবশিংগী মশূবু৷ঙো মহারাজ পরীক্ষিৎ অঙাং নরা ওইরিঙৈদগী অচৌবা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইরম্মী। শান্নপোৎ পায়দুনা শান্নরিঙৈদসু কৃষ্ণ পূজানচিংবগী মতৌ তমদুনা শান্নরম্মী।

নৈনবোল

কনাগুম্বনা যোগ সাধন তৌবদগী শোয়থরকপা যাওরবসু মহাক ভক্ত ব্রাহ্মণশিংগী ময়ুমদা নৎত্রগা ক্ষত্রিয় নিংথৌ নত্রগা লৈরবা মীগী ময়ুমদা অমুক হন্না পোকই হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৬।৪১)। মহারাজ পরীক্ষিৎতি মখোয়দুদগী হেনবনি, মরমদি মহাক্তি নহাক্মুক্কী মপোক্তগী ভগবান্গী তচৌবা ভক্ত অমা ওইনা লৈরকপনি, মরমদুনা মহাক কুরবংশ কৌবা নিংথৌরেনশিংগী শাগৈদা থোইদোক হেন্দোক্না পাণ্ডবশিংগী ইমুঙদা পোকখিবনি। মবমদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইমুঙদা তৌবা ভগবান্গী সেবাগী রা খঙদুনা লাকপনি। পাণ্ডবশিংনা ভগবান্গী ভক্ত ওাক্নিনা মখোয়গী কোম্নুংদা লাংলম্বা লাইবু ভক্তি তৌবম্মী। অসিগুম্বা ইমুঙদা পোকপা অঙাংশিংদি লাইবক ফবা মরম্না অঙাং ওইবগী শান্নবদসু লাইলাংপী শান্নে। শ্রীবৃষ্ণগী বৃপানা ঐথোয় বৈষ্ণবকী ইমুঙদা পোকপা ফংজবনি অদুগা ঐথোয় অঙাং

---

*চহি য়াঙ্খৈরোমগী মমাঙদা, ভারতমচাশিংগী সমাজ অসি করম্না শেম্নহগে হায়ববু সমাজদুগী মী কনামতনা ভগবল্লীলাগা মরী লৈনদবা লাইবীক অমতা পারমদে। মখোয়না ভগবান্গা মরী লৈনদবা নাটক অমতা শান্নরমদে। মখোয়না ভগবান্গা মরী লৈনদবা মেলা নত্রগা উৎসব তৌরমদে। মখোয়দি ভগবল্লীলা শেংদোক্তবা মফম অমতা দর্শন তৌরমদে। মরমদুনা মীচম্নযাও অঙাং ওইরিঙৈদগী ফাওবা রামায়ণ, মহাভারত, গীতা অমসুং ভাগবতম্গী রারী শান্নে। অদুবু কলিযুগগী প্রভাব কনবনা মখোয়বু ওক-হুইগী শাজত্তা চিংথবে, অদুনা মখোয় পারমার্থিক জ্ঞানগী রা মচেৎ অমা যাওবা য়াওদবমখৈ চাবথকপগীদমক্তা নোমদুনা লৈরে।

ওইরিবৈঁদা ঐখোয় পলেম পম্বোগী মতৌ তমত্থনা কৃষ্ণ লাংপত্থ শান্নখি। ঐখোয়গী পিতৃদেবনস্থ দোলযাত্রা রথযাত্রানচিংবা পর্ব্বশিংস্থ পালন তৌ হায়না থৌগৎপিরম্মী অত্থগা মহাক্তস্থ ঐখোয় অঙাঙশিংদা অমস্থং ইমান্নবশিংদা প্রসাদ খুলহন্নবগীদমক শেল য়াম্না মরাঙ কায়না শীজম্নৈ। ঐগী গুরুদেবস্থ বৈষ্ণবকী ইমুঙদা পোকপনিনা মপাবুং বৈষ্ণব ভক্তিবিনোদ ঠাকুরদগী অয়াম্বা ইথিন (প্রেরণা) ফংখি। মস্থম্না তৌই লাইবক ফবা বৈষ্ণব পরিবারশিংদি। মিং চৎলবী মীরাবাঈত্থ গোবর্দ্ধন গিরিবু থাঙ্গৎলম্বা (গিরিধর) ভগবান্ কৃষ্ণগী য়ক-লাউবী ভক্ত অমা ওইরম্মী।

অসিগুম্বা ভক্তগী পুন্সি ৱারীদি অয়াম্বা মাম্নৈ মরমদি ভগবদ্ভক্ত অচৌবশিংগী অঙনবা পুন্সি মতাঙদা মতম পুম্বদা মান্নবা অমা ওইগল্লি। জীব গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না, মহারাজ পরীক্ষিৎসি বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নখিবা বাল্য-লীলাশিংগী ৱারী তারম্বা য়াই, মরমদি মহাক মমান্নবশিংগা শান্নবা মতমদা লীলাশিংত্থগী মতৌ তমখি। শ্রীধর স্বামীগী মত মতুং ইন্না, মহারাজ পরীক্ষিৎনা ইমুঙগী অহনশিংনা ইষ্টদেব লাংপত্থগী মতৌ তমখি। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনস্থ জীব গোস্বামীনা হায়বা ৱাফমত্থ য়ারম্মী। মখোয়শিংসিগী ৱা লৌরগদি মহারাজ পরীক্ষিৎতো অঙাঙ ওইরিবৈঁদগী শ্রীকৃষ্ণবু পামজরম্বা অমনি। মহাক মথক্তা হায়রিবা থবকশিংসিগী মতৌ তম্লম্বা য়াই অত্থগা থবকশিংসিনা তাকপদি মহাভাগবতশিংগী লক্ষণ ওইবা অঙাঙ ওইরিবৈঁদগী ভক্তি লৈবগী ৱাত্থ তাকই। অসিগুম্বা মহাভাগবতশিংসিবু নিত্য-সিদ্ধ হায়বদি পোকপদগী মুক্ত ওইবক্লবা হায়না কৌই। অত্থ নত্তবা অতৈস্থ লৈরি, মখোয়সিদি পোকপদগী মুক্ত ওইরকপা নত্তবা অত্থগা সঙ্গনা ভক্তিযোগ চৎনীংবত্থ পোকপা, মখোয়ত্থবু সাধন-সিদ্ধ কৌই। মমৈদদি জাত্রা অনীসিগী মবক্তা করিস্থ খেন্নবা লৈতে, অত্থনা করি তাবগে হায়ববু মীপুম খুদিংনা ভগবদ্ভক্ত সাধনসিদ্ধ হায়বত্থ শুদ্ধ ভক্তশিংগদা সঙ্গ তৌরুরগা ওইবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রগা ঐখোয়গী মহৎ-গুরু শ্রীনারদমুনিনি। মমাঙগী মপোক অমদা মহাক মীনাইহুবী অমগী মচা ওইরম্মী, অত্থবু মহাক ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবদগী ভক্তিযোগগী ইতিহাসতা নাইতোম-শাৎপা থাক্কী ভগবদ্ভক্ত মহাক্লা ওইনিবসি ওইখিবনি।

শ্লোক ১৬

**বৈয়াসকিশ্চ ভগবান্ বাসুদেব পরায়ণঃ।**
**উরুগায়গুণোদারাঃ সতাং স্যুর্হি সমাগমে ॥১৬॥**

বৈয়াসকিঃ—ব্যাসদেবগী মচানুপা; চ স্থ; ভগবান্- সর্ব্বজ্ঞ (পূঙখঙ-খঙবা); বাসুদেব- -ভগবান্ কৃষ্ণ; পরায়ণঃ—মায়-ওন্সল্লবা; উরুগায়—দর্শন-পণ্ডিতশিংনা শক্ শোল্লিবা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; গুণউদারাঃ—অৱাংবা গুণশিং; সতাম্- ভক্তশিংগী, স্যুঃ—ওইরমগনি; হি অওইবমক; সমাগমে—তিন্‌বদা।

মৈ.তলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবনা পোকপা শুকদেব গোস্বামীদি সর্ব্বজ্ঞনি হায়বদি পরমার্থগী জ্ঞান লৈবনি অমস্থং বসু-দেবনা পোকপা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনি। মরমত্থনা জ্ঞানীশিংনা শক শোল্লবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ৱা নৈনরমগনি, অত্থস্থ মহৎভক্তশিংগী মরক্তা ওইরমগনি।

নৈনরোল

'সতাম্' হায়বা শব্দসি শ্লোক অসিদা য়াম্না মরু ওইবা অমনি। সতাম্গী অর্থদি ভগবান্‌বু সেবা তৌনীংবা নত্তনা অতৈ অনীংবা অমা লৈত্তবা শুদ্ধ ভক্তশিং হায়বনি। অসিগুম্বা ভক্তশিংগী মবক্তদা ভগ-বান্ শ্রীকৃষ্ণগী চিন্ময় ওইবা কথাশিংত্থদা নৈনৈ। ভগবান্‌গী কথাশিংদি চিন্ময় ওইবা অর্থনা থনর্বনি হায়বসি

ভগবাম্না হায়খিবনি; অদুগা 'সতাম্' গী সঙ্গদা ভগবান্গী কথা নীংথিজনা শ্রবণ তৌরবদি পুন্সিদা পাঙ্গল কন্থৎলক্নুনা ভক্তিগী থাক অদু য়ৌবা ঙম্মী। মমাঙদা হায়খিবদুনি, মহারাজ পরীক্ষিৎতি পোকপদগী ভগবদ্ভক্ত অচৌবা অমা ওইরকপনি, মতৌ অদুম্না শুকদেব গোস্বামীসুনি। মখোয় অনীমক চপমান্নবা থাক্কী ভক্তনি, তৌবগীদি য়েংবদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা নিংথৌ অচৌবা অমা ওইবনা নিংথৌগী নুংঙাইবশিংদু হৈনরম্মী অদুগা শুকদেব গোস্বামীনা সন্ন্যাসী মতামা ওইবনা মছাদা ফি মচেৎ অমফাওবা কুপলমদে। হাইফেৎ য়েংবদদি মহারাজ পরীক্ষিৎকা শুকদেব গোস্বামীগা থেন্ননা উই, অদুবু মরুদদি মখোয়নীমক ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্ত ঙাক্লি। অসিগুম্বা ভক্তশিংনা পুন্নপ তিন্বা মতমদদি ভগবান্গী কথা হায়বদি ভক্তি যোগগী মরম নৈনবা নত্তনা অতৈ বিষয় অমা লৈবা হৌনদে। ভগবদ্গীতাদসু ভগবানগা মাগী ভক্ত অর্জুনগা য়ারী শানবদা ভক্তিযোগগী য়া নত্তনা অতৈ অমা শাথিদে, মীরল্লেনগী পণ্ডিতশিংনা মখোয়না লৌনীংবা মওংদা পংপু পুথোরকপা য়াই। 'বৈয়াসকি' হায়বা শব্দগী মতুংদা 'চ' লাকপসিনা তাকপদি শ্রীজীব গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না শুকদেব গোস্বামীগা মহারাজ পরীক্ষিৎকা অনীসি অমনা ওজা অমগা অমনা শিষ্যগী ভূমিকা লৌনরবসু হান্নদগী লেপলক্নবা জাত্তা অমতগী ভক্তনি। শ্রীকৃষ্ণনা বিষয়শিংগী কেন্দ্র ওইবনিনা 'বাসুদেব পরায়ণঃ' হায়বদি 'বাসুদেবগী ভক্ত' হায়বা শব্দসিনা তাকপদি মখোয় অনীগী চপ মান্নবা লক্ষ্য ওইবা ভগবান্ কৃষ্ণদুগী ভক্তনি হায়বনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা চহী হেন্দুনা লৈরম্বা মযমদুদা মী অতৈ য়াওরম্লবসু মছানা ওইফম থোকপা য়া হায়ববু অদুদা ঙাঙনরম্বা য়াদি শ্রীকৃষ্ণগী কথা নত্তনা অতৈ য়া অমা নৎলমদে, মরমদি প্রধান বক্তা ওইরম্বনা শুকদেব গোস্বামীনি অদুগা প্রধান শ্রোতা ওইরম্বনা মহারাজ পরীক্ষিৎনি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতমসি ভক্ত মকোক অনীনা ঙাঙবগা তাবগা তৌরম্বনিনা পরমেশ্বর ভগবান্ পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণগী গুণ কীর্ত্তনগীদমক্তনি।

শ্লোক ১৭

**আয়ুর্হরতি বৈ পুংসামুদ্যন্নস্তঞ্চ যন্নসৌ।**
**তস্যর্তে যৎক্ষণো নীত উত্তমশ্লোকবার্ত্তয়া ॥১৭॥**

আয়ুঃ—পুন্সি; হরতি—লৌশিল্লি (ময়েং তাহল্লি); বৈ—লেপ্পমক; পুংসাম্—মীশিংগী; উদ্যন্—থোক্লুনা; অস্তম্—উদবা; চ—সু; যন্—চৎদুনা; {অস্তম্ যন্—(নুমীৎ) তাদুনা}; অসৌ—নুমীৎ (সূর্য্য); তস্য—ভগবান্গী গুণ কীর্ত্তন তৌবা মহাক্কী; ঋতে—নত্তনা; যৎ—মহাক্না; ক্ষণঃ—মতম; নীতঃ—শীজন্নখিবা; উত্তমশ্লোক—ভগবান; বার্ত্তয়া—য়ারমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উত্তমশ্লোক ভগবান্গী য়ারম নৈনদুনা মতম লেপ্লিবা মহাক্কী নত্তবা মীপুম খুদিংগী আয়ুবু নুমীৎনা (সূর্য্যনা) থোক্লুনা অমসুং তাদুনা ময়েং তাহল্লী।

নৈনরোল

ভক্তিযোগগী সাধন হেঙ্গৎহন্দুনা ভগবান্গা ঐখোয়গা অনীগী মরক্তা মাঙলুরবা সম্বন্ধদু অমুক হন্না হিংগৎহন্নবা মীওইবগী পুন্সিবু শীজন্নবগী থোইনা হেন্না কান্নবগী য়াদু শ্লোক অসিনা নাকোয়ননা চেৎশনহল্লী। মতম্না কনাবু ঙাইদে। মরম অদুনা নুমীৎ থোকপা অমসুং তাবনা উৎলিবা মতম্দু পরমার্থগী মশক খঙনবগীদক মরম চানা শীজন্নদ্রবদি মতম অদু করিসু কান্নদবমখৈ মাঙলগদবনি। মাঙথ্রিবা পুন্সি মচেৎ অমবু সনা মপৈ অমনা শিংগৎপা য়াদে। জীবদা মীওইবগী পুন্সি পীবগী মরমদি মাগী আত্মাগী মশক অমসুং নুংঙাইবগী লেঙদবা থোরকফম অদু খঙনবগীদমক্নি। জীবনা থোইদোক হেন্দোক্না মীওইবনা নুংঙাইববু থিরিবনি, মরমদি নুংঙাইবা হায়বসি মীওইবগী মশাগী ওইবা লৈফম্নি। অদুবু মহাক্না নুংঙাইবদু থিবদি প্রকৃতিদা লৈ হায়না

ওইরোইদোবদা থিরি। জীবদি মাগী স্বরূপকী মতুং ইন্না মপুম ওইবা আত্মাগী মৈবীক মচা অমগুম্বা আ-ত্মানি, অদুনা মাগী তুংঙাইবদি পরমার্থগী থবকশিংদা (*spiritual activities*) মপুঙফানা যংগদবনি। ভগবান্না আত্মা মপুঙনি অমসুং মাগী নাম, রূপ, গুণ, লীলা, পরিকর অমসুং ব্যক্তিত্বনচিংবা পূম্নমক মহাক্না অমতনি। ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইদুনা ভগবানগী মথক্তা পল্লিবা শক্তিশিংসিগা কনাগুম্বা অমনা অমুক্তংবু শম্নরুরবদি সিদ্ধিগী থোঙ থুদক্তা ফাংলি। ভগবদগীতাদা (২।৪০) ভগবান্না অসিগুম্বা সম্পর্কগী ৱাসি মথাগী ৱাহৈশিংসিদা হায়রি-- "ভক্তিযোগ হায়বা ধর্ম্মসিগী হোৎনবা অমতা লেম্না মাঙদে; মহৈ য়ান্দবসু লৈতে। ধর্ম্মসিগী থঙিক্তং হোৎপনা কনাগুম্বা মী অমবু অকিবগী সংসার ঈপাক অচৌবদগী লাম্হোক-পীবগীদমক ওকযি।" যাম্না পাঙ্গল্লবা অনাবগী হীদাক অমা শিংলীদা কাপশনবদা ফল ওইনা হকচাঙ পুম্বদা যংবগুম্না ভগবান্গী লীলা মযামদু ভগবদ্ভক্ত অমগী মনাকোঙদা কাপশন্বদা মতীকচাবা ফল ওই। পরমার্থগী কথাশিংদু নাকোঙনা লৌশনবা হায়বসিনা তাকপদি মপুঙফাবা উপলব্ধি হায়বদু ওহ, মদুদি উ পাম্বীগী শরূক অমদা মহৈ য়াল্লগা অতৈ শরূকসু মহৈ য়াল্লবনি হায়না থঙহনবগুম্বনি। শুকদেবগুম্বা শুদ্ধ ভক্তগা মীৎকুপ অমতং সঙ্গ তৌবগা যংবা উপলব্ধি অসিনা মপুঙ যাবা পুন্সি (পূর্ণজীবন) মতম পুম্বগী ওইনা ফংনবা লম্বাদু ফাংলি। মতৌ অসুম্না মুর্মীংনা (সূয্যনা) শুদ্ধ ভক্তগী আয়ু হুবান্বা ঙমদে, কয়া-মুক ঙমদবগে হাযববু ভক্তদুদি মহাক্কী সত্তাবু শুদ্ধ ওইহন-ওইহন্দুনা ভগবান্গী সেবাদা মতম পুম্বা লূপ্ল্না লৈ। শিবা (মৃত্যু) হাযবসি প্রকৃতিনা নিত্য ওইবা জীবদা শোকপগী লক্ষণ (মওং) অমনি। প্রকৃতিগা শম্নবদগী নিত্যজীববু পোকপা, শিবা, হনুবকপা অদুগা অনায়েক তৌবগী নিয়মগী মথা পোল্লি।

দান তৌবনচিংবা পুণ্য কর্ম্মসি পরমার্থগী মওংদা নৎত্রবসু স্মৃতিশাস্ত্রনদি তৌগদবনি হায়বসি শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা পল্লি। ফংবদা মতাক চাবা (পাত্র ওইবা) মী অমদা শেলদান তৌবদি হয়েংমুক্কী মপোক্কীদমক ব্যাঙ্কতা থনম্বা লেঙদবা শেলতুংনি। অসিগুম্বা দানদি ব্রাহ্মণদা পীগদবনি হায়। ব্রাহ্মণ নত্তবা (হাযবদি ব্রাহ্মণগী গুণ চেন্দবা) অমদা শেল দান তৌরবদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা দান তৌখিবা শেন-ফমদুদমক হল্লকযি। লাইরিক থবদমক হৈবা ব্রাহ্মণ অমদা দান অদু পীবরফাওবদা শরূক অনী থোক্না হল্লকযি। অদুগা লাইরিক হৈবা অমসুং মগুণ যানা মতীক মগুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণ অমদা শেল দান তৌব-বদি শরূক লীশীং হেন্না হল্লকয়ি হায। বেদপাবগ (বেদ পুংখঙ খঙলবা) ওইবা মীদা দান তৌরবদি ঙমখৈ লৈতবা শেলশীং ওইনা হল্লকযি। বৈদিক জ্ঞান লৈবগী অবোইবা লক্ষ্যদি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু যংনবনি হাযনা ভগবদ্গীতানা হায়বি (বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যঃ)। দান ওইনা পীথোকখিবা শেন্দি মতুং মনাই থিদবমখৈ হল্লকপা হায়বসি শোযদবনি। মতৌ অদুগুম্না শুদ্ধ ভক্তশিংগী মনাক্তগী পারমার্থিক সংবাদ শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌদুনা লেনবা মীৎকুপ অমনা ভগবান্গী নাক ঐখোয়গী ইবান্যাই হায়বদুদা হন্দুনা নিত্য-জীবন লেনবগী লেঙদবা পাম্বৈনি। মৎ্যমগত্বা পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে। অমরোমদা হায়বগা, ভগবান্গী ভক্তগীদমক্তি নিত্যজীবন শোয়দ্রবনি। ভক্ত অমগী হনুবকপা অমদি অনায়েক হন্দক্কী মপোক্তা ফংলিবসি অসিগুম্বা শোয়দ্রবা নিত্যজীবন ফংনবা ইথিল্লি।

শ্লোক ১৮

**তরবঃ কিং ন জীবন্তি ভস্ত্রাঃ কিং ন শ্বসন্ত্যুত।**
**ন খাদন্তি ন মেহন্তি কিংগ্রামে পশবোঽপরে ॥১৮॥**

**তরবঃ**--উপাম্বীশিং; **কিম্**-- করি; **ন**-- নত্রে; **জীবন্তি**--হিংঙী; **ভস্ত্রাঃ**-- মৈহুম-উতোং (মৈকাম্বী); **কিম্**--করি; **ন**--নত্তে; **শ্বসন্তি**-- সোব হোল্লি; **উত**-- সু; **ন**- নত্তে; **খাদন্তি**-- চায়; **ন**-- নত্তে; **মেহন্তি**--ফম্বী চৎলি; **কিম্**-- করি; **গ্রামে**- খুন্দা; **পশবঃ**-- শাশিংনা; **অপরে**--অতোপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উ-পাম্বীশিংদি হিংদ্রা ? য়োংশুবশিংগী মৈহুম-উতোং স্নুংশা সোর হোন্দ্রা ? ঐখোয়গী খুল অকোয়বদা লৈরিবা শাশিংসে চাদ্রবরা অমদি ফম্বী চৎতবরা ?

নৈনরোল

মীওইবগী পুন্সি নত্রগা পুন্সি-মচেৎ অমফাওবা ধর্মতত্ব-ব্রহ্মতত্বগী রা নৈনবগীদমক লৈবা মতম নত্তে হায়না হৌজিক্কালগী সংসারীশিংনা য়েৎপা য়াই। হিংলিঙৈগী মতম অয়াম্বা চাবা, থকপা, মুপা-মুপী পাদোং-নবা, হরাও-তয়াংবা তৌদুনা পুন্সি নুংঙাইথোকপগীদমক পুন্সিসি লেনগদবনি। হৌজিক্কালগী মীনা প্রাকৃত বিজ্ঞান চাওখৎহল্লগা মতমপুম্বা লৈবা পামজৈ, অদুগা পুন্সি-মুংশাংসি য়ারিবমখৈ শাংদোকহন্নবা অপঙবা রাফম য়াম্না পুথোরকয়ি, অদুবু শেষ্মুম চাওখৎপনা নৎত্রগা প্রাকৃত বিজ্ঞান চাওখৎহন্বনা চাবা-থকপা অমদি পাদোংনরগা লোইরে হায়বা মুংঙাইথোকপগী দর্শন-বাদ অদু য়োকখৎনবগীদমক পুন্সিগদবা নত্তে হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায়রি। পুন্সিদি মক ওইনা তপস্যাগীদমক পবিত্র ওইহন্নবগীদমক হিংলগা মীওইবগী পুন্সি লোইরবদা নিত্য জীবন ফংনবা লেনগদবনি।

সংসারীশিংনা মপুন্সিদু য়াবিবমথৈ শাংদোকহন্বা পাম্মী মরমদি মতুঙগী পুন্সিগী রা খঙদে। মখোযনা হকচাঙগী মুংঙাইবা য়াম্না যংবা য়ারিমখৈ পাম্মী মবমদি শিরবা মতুঙগী পুন্সি হায়বা অমা লৈতে হায়না অওইবা ওইনা খল্লী। জীবসি নিত্যনি হায়বসি অদুগা প্রাকৃত জগৎসিদা থক কুপ্লিবা (আবরণ) অসিদি অহোংবা নাই হায়বসি খঙদবনা আধুনিক সমাজ শেমগৎপদা অকায়বা অমা লাকপনি। মদুগী মতুঙ তাবা ওইনা সমস্যাগী মশীঙ যাম্মী, অদুদগী অয়ুকসু আধুনিক ওইববনি হায়বা মীতাশিংনা পুখোরকপা উদ্যোগ মখল মথানা সমস্যাগী মশীঙ হেঙ্গৎহল্লী। সমাজগী সমস্যাশিংসি কোক্লবনি হায়দুনা তৌরিবা থৌবাংশিংনা অরাবদুম হেঙ্গৎহল্লী। চহী চামদগী হেন্না পুন্সিনবা তৌবদু যাববস্ মীওইবগী সভ্যতা চাওখংকনি হায়ক-নঙাই লৈতে। উপাম্বী থরদি চহি চা কয়া লীশীং কয়াবোম পুন্সি হায়না ভাগবতম্না হায়রি। বৃন্দাবন্দা মঙ্গে-পাম্বী অমা হৌরি (মযমদু ইম্লিতলা হায়না খঙনৈ), পাম্বীসি ভগবান্ কৃষ্ণগী হাক্তক্রগী লৈবক্লিবনি হায়নৈ। কলিকাতা বোটানিক্যাল গার্ডেন্দা চহী ৫০০-দগী হেন্না পুন্সিববা খোংনাংবট পাম্বী অমা হৌরি অদুগা অদুগুম্না অবিবা উ-পাম্বী পৃথিবীদা যাম্না লৈ। স্বামী শঙ্করাচার্য্য চহী ৩২-দমক হিংলম্মী অদুগা চৈতন্যপ্রভুসু চহী ৪৮ দমক লৈরম্মী মসিনা তাকপবু শঙ্কর নত্রগা চৈতন্যদগী পুন্সি শাংবা উ-পাম্বী-শিংসিনা হেন্না মক ওইবনি হায়বিবরা ? আধ্যাত্মিক ওইবা মমল মগুণ যাওদবা অশাঙবা পুন্সিদি করিসু কান্নদে। উ পাম্বীশিংসি থরাই পাল্লি হায়বসি মখোয়না মুংসা সোর হোন্দবনিনা কনাগুম্বনা থাজদে। অদুবু বোসগুম্বা হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকশিংনা পাম্বীশিংদা থরাই পাল্লি হায়বসি প্রমাণ তৌখ্রে; মরমদুনা সোব হোনবনা হিংবগী খুদম নত্তে। য়োংশুবা মীগী মৈহুম-উতোংনা য়াম্না ফজনা সোর হোল্লী, অদুবু মদুনা মৈহুম উতোংবু থরাই পানবনি হায়বা য়াদে। সংসারী অমনা পাম্বীগী থরাইগা মীওইবগী থরাইগা চাংদম্নবা য়াদে হায়না য়েৎলকপা য়াই মবমদি পাম্বীনা অহাউবা পোৎ চাদুনা অমদি পাদোঙনদুনা পুন্সিগী মুংঙাইবা হায়বদু যংবা ঙমদে। মসিগী পাউথুম ওইনা ভাগবতম্না হংলি মদুদি মীওইবগা খুল অমদা লৈমিন্নবা চুই ওক্লচিংবা শা অতৈশিংসি চাবা-থকপা তৌদ্রা অদুগা লাবা অমোম পাদোঙনদুনা মুংঙাইনদ্রা ? 'শা অতৈশিং-গী' মবমদা ভাগবতম্না পল্লিবা থোইদোকপা বচনসিগী অর্থদি চাবা-থকপা, সোর-হোন্বা অমদি পাদোঙনবগী শানা চৎলিবা পুন্সিদা থর ফগৎপা জাত্রাগী পুন্সি ওইনবা থৌরাং তৌরিবা মীতাশিংদু মীও-ইবগী মূর্ত্তি লৌবা শা ঙাক্তনি হায়বনি। মশা-নান্বা শা অসিগুম্বগী সমাজনদি অঙা-নংলিবা মীশিংবু কান্নহ-ন্বা ঙম্রোই, মরমদি শা অমনা শা অমবু য়াম্না লায়না মাঙনবা তৌবদি ঙম্মী, অদুগা ফনবা তৌবদি তাঙঙী।

শ্লোক ১৯

**শ্ববিড়্ বরাহোষ্ট্রখরৈঃ সংস্তুতঃ পুরুষঃ পশুঃ।**
**ন যৎকর্ণপথোপেতো জাতুনাম গদাগ্রজঃ॥১৯॥**

শ্ব—হুই; বিট্‌-বরাহ—থী-চাবা ওক্; উষ্ট্র—উট; খরৈঃ—গাধাশিংনা; সংস্তুতঃ—মপুঙ ফানা থাগৎলবা; পুরুষঃ—মীঃ পশুঃ—শা; ন—নত্তে; যৎ—মাগী; কর্ণ—নাকোঙ; পথ—লম্বী; উপেতঃ—য়ৌথি; জাতু—মতম হেক অমদা; নাম—মিং; গদাগ্রজঃ—শ্রীকৃষ্ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হুই, ওক, উট অমদি গাধাগুম্বা মীতাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম পোকঙৈগী তাত্রিবা মীতাশিংবু থাগৎলী।

নৈনরোল

প্রজা মীয়ামসিবু আধ্যাত্মিক ওইবা অরাঙবা থাক্কী পুন্সি করিনো হায়বদু নিয়ম নাইনা তাকপিত্রবদি মখোয় শাদগী হেন্না ফবা নত্তে, অদুনা নৈনরিবা শ্লোক অসিদা মখোয় অদুবু হুই, ওক,উট অমদি গাধাশিংগা লেঙ্গা অমতা ওইনা থম্মী। হৌজিক্কালগী বিশ্ববিদ্যালয়গী শিক্ষানা মপু অমগী সেবা তৌনবা হুইগী পুকচেল চেন্নবগী মীতা জাৎ অদু শেম্মী। শিক্ষানি হায়বা শাবা শিক্ষাদু লোইরবা মতুঙদা লাইরিক-হৈরবনি হায়বা শারিবা মীতাশিংনা হুইদৌনা দরখাস্ত পুরগা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা চৎলী। মখোয় অয়াম্ববু থবক লৈতে হায়দুনা তাম্বোকপিরকয়ি। হুইনা থওইবিদ্রবা শা ওইবগুম্না অদুগা তক্কেং থরগীদমক মপুবু মবুক শেংনা সেবা তৌবগুম্না মী অমনা মাগী মবুংভোতুবু মবুক শেংনা সেবা তৌনমক মহুৎ মনাইদি ফংদে।

চীঞ্জাক্কী মরমদা বিচার নাইদবা অদুগা যত্ত-হাওদি পূম্নমক পঙচা-চাবা মীশিংদো ওক্কা চাংদম্নৈ। ওকশিংদি থী চাবা য়াম্না পাম্মী। অদুনা থীসু জীব মখল অমগী চিঞ্জাক মখল অমনি। সুঙডুম ফাওবা শা জাত্তা অমা নৎত্রগা উচেক জাৎ অমনা চীঞ্জাক ওইনা চায়। অদুবু মীওইবদি পোৎ অমসু অমসু চাগদবা জীব নত্তে; মাবুদি চেঙ-হরাই, শাক শক্সী, উহৈ, শঙ্গোম, চিনিনচিংবা চাগদবনি হায়রিবনি। শাগী চীঞ্জাক অদু মীনা চাগদবা নত্তে। মপং ওইবা চীঞ্জাক চাবগীদমক উহৈ অমদি মনা-মশীং চীকথায়নবা য়াতা মখল অমা মীওইবগী পাল্লি। শাগী চীঞ্জাক চাননবা হায়দুনা মীওইবগী হুইয়া অনীংক লৈ। মী অমগী চীঞ্জাক্কা অতোপ্পা অমগী হু ওই হাযবসি ঐখোয় খুদিংনা খঙনরিবনি। মীওইববু চাহন্নীংবদি কৃষ্ণপ্রসাদনি অদুগা ভগবান্দি উনা, লৈ, উহৈনচিংবা অচাপোৎ লৌয়ি (ভগবদগীতা ৯।২৬)। বেদশাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না শা-থোংবা ভগবান্দা কৎপা য়াদে। মরমদুনা মীওইবদি চীঞ্জাক তোঙান্বা জাত্তা অমা চাফম থোকপনি। ভিটামিন্নি হায়ব-শাবা পোত্তা ফংনবগীদমক শাশিংগী মতৌ মানা তমগদবা নত্তে। মরমদুনা চাবগী বিচার নাইদবা মীবু ওক্কা পাংখক্লি হায়নৈ।

উট হায়বা শা অসি তিংখং চাবদা নুংঙাইজবা শানি। য়ুম পান্নীংবা নৎত্রগা সংসারগী ভোগ তৌনবা হায়দুনা পান্বা পুন্সিগী মীতাগা উটকা চাংদম্নৈ। সাংসারিক জীবনদি তিংখংনা বিক থল্লি; মরমদুনা হুন্দোক্তুনা চেন্বা য়াত্রবদা ঙস্মথৈ য়াননবা চৎপগী ভাব মতাদা চৎথনবা বেদনা তাকপা রা মতুং ইন্না হিংনবা হোৎনবা তাই। সংসারদা লেন্নরিবা পুন্সিদি মী মীতুগী মছা মছাগী ঈ চুপলগা লেল্লিবনি। মায়িক সুখ ফংবগী মক ওইবা থবক্তি স্নুপা-নুপী পাদোঙনবগী পুন্সিদুনি। পাদোঙনবগী নুংঙাইবা হায়বদুদি মরন্নাইগী ঈ চুপ্পা হায়বদুনি; মসিগী মতাঙদা রা অমুক হায়নঙাই লৈত্রে। উট হায়বা জাৎ অসিসু তিংখং পান্বা উশা ছায়বা মতমদা মবন্নাইগী ঈ চুপ্পী। উটনা চারিবা তিংখংদুনা মরৈদা থিল্লি, অদুনা মাগী চীন্নুঙদা ঈ চেস্থরকয়ি। ঈনৌদুগা তিন্নরবা তিংখংশিংদুনা অপঙবা উটতুগী মহাও অমা পোকয়ি, অদুনা মতাক্কা তিংখং চাবা থবক্ত ওইদবা নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা ভোগ তৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না লক্লোলচৌবা মীতাশিংনা অদুগা শিল্পম-লাঙবা মীতাশিংনা (*industrialists*) নাতৈ চাদবা উপায়না শেল

তান্নবা হায়দুনা ৱানা নোম্মী, মখোয়সিনা মখোয়গী থবক্কী যল অদু মছামক্কী ঈগা লোয়ননা চারি। মরমদুনা ভাগবতম্না অসিগুম্বা অনায়েক নংলবা মীতাশিংবু উটশিংগা অমতনি হায়রিবা।

গাধাদি খ্বাইদগী হেন্না পঙবনি হায়না মিংচৎলবা শা অমনি; করি হায়নি মানা পঙবসি শা মরক্তস্থ পঙবনি হাযরিবনি। গাধাদি য়াম্না ৱানা থবক শূই অদুগা খ্বাইদগী লূম্বা পোৎলুম্ পুরিবনি মতুদা মছাগী কান্নবা অমতা ফংবা নত্তে। * গাধাদি অযাম্বা মতাঙদা থোবীমা শীজন্নে, থোবীসি সমাজদা য়াম্না ইকাই খুম্নবা কাঙবু নত্তে। গাধাগী থোইদোকপা গুণ অমদি অমোম্না লাবদা খোঙনা কাওগল্লি। গাধা লাবনা পাদোঙনসি হাযনা চঙলবপদা অমোম্না খোঙনা কাওশল্লি, অদুবু লাবদুনা পাদোঙবগী মুংঙাইবদু যংননবা হায়দুনা অদুম অমোমগী মতুং কোইনা ইল্লি। মরমদুনা মুপী পামগনবা মীবু গাধাগা চাংদম্নে। সাধারণ মীয়াম্না য়াম্না কন্না থবক নোম্নে, থোইদোক হেন্দোক্না কলি যুগদা। যুগ অসিদা মীওইবনা তশেংনমক গাধাদোনা পোৎলুম পুস্থনা অমস্তুং ঠেলা গাড়ী ইন্দুনা অদুগা ৱিক্লো চিংদুনা থবক ৱামা নোম্মী। মীওইবগী সভ্যতা চাওখৎলে হাযন্নিবসিদা মীবু গাধাগী থবক তৌহল্লি। শিনশঙ অমদি পোৎশাশঙশিংদা শুন্নিবা শিন্মীশিংস্ত অৱাবা থবক তৌবা ঙাক্লি, অদুগা থবক ৱারেমখৈ শুদুনা মযুমদা হল্লক্লগা মতু মতুনা খোঙপাক্না কাওশল্লি, কাওশনৰদু পাদোঙনসি হাযবগী ঙাক নত্তনা, যুমগী থবক মযামগীদমকশুনি।

আত্মজ্ঞান য়াওদবা মীতাশিংবু শ্রীমদ্ভাগবতম্না হুই, ওক, উট অমদি গাধাগী সমাজদা চনশনবদি করিস্থ হেন্না হাযজনবা নত্তে। অসিগুম্বা খঙদবা মীয়ামগী নেতাশিংনা মখোযবু অসিগুম্বা হুই ওকশি না লুনা তৌযি হাযদুনা চাউথোকচৈ, মতুদা কবিস্থ হবাশুনঙাই লৈতে। ভাগবতম্না ইফোং-যোংনা লাউরি

* মীওইবগী মপোক্তি পুন্সিগী মমল খঙনবগীদমক্তি। মীওইবগী পুন্সিসিবু অর্থদম্ হায়বদি মমল যাম্বা হায়না কৌই। পুন্সিগী খ্বাইদগী মমল যাম্বদি করিনো? মসি ভগবদ্গীতাদা (৮।১৫) তাকপ গুম্না ইন্মদা হায়বদি ঈশ্বরগী নাক্তা হন্না চৎপদুনি। কনাগুম্বনা মশাগী মরম্নাই কান্নজনবা তৌরিবদু ঈশ্বরগী নাক্তা হন্না চৎপগী পান্দমসি তমগদবনি। গাধাশিংনা মশাগী কান্নজবা কবিনো হাযবা খঙদে। অদুনা অতোপ্পশিংগীদমক্তা কন্না থবক শুই। মীওইবগী মপোক্তা পীবিরিবা মশাগী কান্নজবা অসিবু খঙদনা অতোপ্পগীদমক্তা থবক কন্না শু নোম্নিবা মীওইবশিংবু গাধাগা চাংদম্নে। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা অস্তুম্না হাযঃ

অশীতিং চতুরশ্চৈব লক্ষাংস্তাঞ্জীব জাতিষু।
ভ্রমদ্ভিঃ পুরুষৈঃ প্রাপ্যং মানুষ্যং জন্মপর্যয়াৎ॥
তদপ্য অভলতাং জাতঃ তেষাং আত্মাভিমানিনাম্।
বরাকাণাং অনাশ্রিত্য গোবিন্দচরণদ্বয়ম্॥

মীওইবগী পুন্সিসি অস্তুক্কী মতীক মরু ওইগ্রে মতুদি করিগুম্বদা স্বর্গগী দেবতাশিংনফাওবা পৃথিবীসিদা মীওইবগী মপোক্তা পোরিংই মৱমদি মীওইবগী মপোকসিদা য়াম্না লাযনা ঈশ্বরগী নাক্তা হনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মরুওইবা হকচাঙসি যংলবস্ত কনাগুম্বনা মাগা গোবিন্দ শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা মাঙলুরবা মন্নীছু নৌহৌননা লিংখৎচবা ঙমদ্রবদি মহাক্কু মশাগী তোওজবা মশক খঙদ্রবা অপঙবনি। মীওইবগী মপোকসি জীব লক্ষা মবিফুমরি চক্রসিদা লৈদুনা পোকলুরবা মতুংদা যংলকপনি। অদুগা তোন্নবা মীওইদুনা মশাগী কান্নজবা কবিনো হাযবা খঙজদনা মশাবু মাযানা পীবা থোদাং পায়দুনা লৈবাক্কী নীংথা তম্নবা নংত্রগা শেলথুম চাওখৎনবগী থবক অতোপ্পশিংগীদমক মাংজিন থানা নোমদুনা লৈ। লৈবাক্কী নীংথা তম্ননবা হোৎনবা অমস্তুং শেল থুমগী চাওখৎনবা হোৎনবদা অকায়বা করিস্থ লৈতে, তৌবদদি মীওইবা পুন্সিগী পান্দম অশেঙবা ঈশ্বরগী নাক্তা হনবা হাযবা অসিবুদি কাউফদে; অদুনা মযামগী ঘ্নাইফনবা তৌন্নিবা থবক খুদিংমক্কু ঈশ্বরগী নাক্তা হনবা হাযবসিগা মরী লৈননা তৌগদবনি। অসিগুম্বা পান্দমসিবু খঙদবা মীশিংদি মখোযগী নংত্রগা মশাগী কান্নবা করিনো খঙদনা অতোপ্পগীদমক্তা কন্না শুবা গাধাগুম্বগা চাংদম্নে।

মহুদি কনাগুম্বা অমনা মীগী শক্তম লৌহুনা হুই ওকশিংগী অচৌবা নেতা অমা ওইহুনসু মহাক্না কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা পামজবদি মহুগুম্বা নেতাদি শা নত্তনা কয়িসু ওইজে। মাবু শক্তিমান্ ওইবা শানি নৎত্রগা অচৌবা শা অমনি হায়বদি য়াই, অহুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী বিচার মতুং ইল্লবদি মহাক্কী ঈশ্বর থাজদবা পুকচেল মতাংহু-গীদমক মীওইলক্কা কদৌউদা চন্নদে। নত্রগা, অমরোমদা হায়রগা অসিগুম্বা হুই অমদি ওক মান্‌বা মীতা-শিংগী লাই থাজদবা নেতাশিংসি শারমচৎ হেন্না চৎপা হেন্না চাউবা শা ওক্নি।

শ্লোক ২০

**বিলে বতোরুক্রমবিক্রমান্ যে ন শৃণ্বতঃ কর্ণপুটে নরস্য।**
**জিহ্বাসতী দার্দুরিকেব সূত ন চোপগায়ত্যুরুগায়গাথাঃ ॥২০॥**

বিলে—লিল মথুন্; বত—গুম্বা, উবক্রম—অঙকপা থবক তৌবা ভগবান্ হরি; বিক্রমান্—থৌনা; যে—ময়ামসি, ন—নত্তে; শৃণ্বতঃ—তাখি; কর্ণপুটে—নাকোঙ নাথুন, নরস্য—মীহুগী; জিহ্বা—লৈয়েঙঙ; অসতী—কান্নদবা, দাদুরিকা—হঙোইগী; ইব—গুম্না; সূত—হে সূত গোস্বামী; ন—নত্তে; চ—সু; উপগাযতি—খোল হৌনা শকয়ি; উরুগায—শকপদা মতীক চাববা, গাথাঃ—শৈরেং মযাম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

ভগবান্‌গী থৌনাগী অঙকপা থবক্কী ৱা নাকোঙনা তাজবা অহুগা ভগবান্‌গী মতীক চাবা ঈশৈশিংবু খোলহৌনা শকশোন্দবা মীহুগী নাকোঙদি লিলগী মখুনগুম্বনি অহুগা লৈয়েংহুনা হঙোইগী মরৈগুম্বনি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী সেবাদি হকচাঙ কায়াৎ খুদিংমক চঙনা তৌগদবনি। মসি আত্মাগী প্রাকৃত-নত্তবা লেঙজন ল্মো শক্তিনি; মবমহুনা ভক্ত অমনা মশা পুম্নমক অমতা খাক্তবমখৈ ভগবৎ-সেবাদা চঙহল্লী। হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংসি ভগবানগা সম্বন্ধ থমহুনা শেংদোক্লবা মতমদা ভক্তনা সেবাদা চঙবা ঙম্মী, অহুগা ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা ভগবান্‌গী সেবা তৌবা ঙম্মী। মরমসিনা ইন্দ্রিয়শিংবু অমসুং ইন্দ্রিযশিংগী থবকপু ইন্দ্রিয় পেন্নবগী-দমক্তা শীচন্নবিবা মতমগী মখৈ শেংদবনি নৎত্রগা সংসারগীদমক্তা লৈবনি হায়না লৌগদবনি। শেংদোক্লবা ইন্দ্রিযশিংদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা শীজন্নদে, মখোয় লোইনমক পুল্লপ্পা ভগবান্‌গী সেবাদা শীজন্নে। ভগবান্ ইন্দ্রিয় পুম্নমক পানবা পরপুরুষনি অহুগা ভগবান্‌গী অংশ ওইবা মনাইসু চপমান্নবা ইন্দ্রিয় পানবনি। ভগবৎ-সেবা হাযবহুদি ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু মপুঙ ফানা পবিত্র ওইবা মংংদা শীজন্নবা হায়বনি হায়বসে ভগবদ্‌গীতানা হায়। ভগবানন্না ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কা লোয়ননা পাউতাক পীবনি অহুগা অর্জ্জুনসু ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কা লোয়ননা পাউতাকশিংহু লৌশনবনি। মতৌ অসুম্না গুরু শিষ্য অনীগী মবক্তা ৱারী ৱাতাই শান্ন-রপহু জ্ঞান তানা নাতৈ চানা ভাব তানহুনা শান্নখিবনি। গুরুনা শিষ্যদা পবমার্থগী জ্ঞান পীবা হায়বসি বেটরীদা বিজুলি হানজনবগুম হানজনবা নত্তে, কনাগুম্বা অপঙবা প্রচাকারশিংনদি মংুম তৌবনি হায়বা যাওরি। থবক খুদিংমক নাতৈ চানা তৌরিবনি: গুরুগা শিষ্যগা অনীগী মবক্তা মত পীথোক পীশিন তৌবদি লৌদৌরিবা মীহুনা নোল্লবা অহুগা চাননা পাম্বা মতমদদা ওইথৌকপনি। চৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রি মহুদি শ্রীচৈতন্যনা পীবা শিক্ষাহু বুদ্ধিগা ইন্দ্রিয়শিংগা মপুঙ যানা শীজন্নহুনা লৌননবা হোৎনগদবনি মহুদদা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী উদ্দেশ্য অচৌবহু মরম চানা খঙবা ঙমগনি।

জীবনা শুদ্ধ ওইদবা ফীভমদা লৈবা মতমদা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু যুম্বানবগী থবক্তা ঙাক শীজন্নে। নাকোঙবু ভগবান্‌গী ৱারম ভগবদ্গীতাদগী নৎত্রগা শ্রীমদ্ভাগবতমদগী তাবদা শীজন্নবদি নাকোঙ মখুন্দু থুনাম-শাউৈ ঙাক্তনা থল্লগনি। মরমহুনা ভগবদ্গীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতমবু পৃথিবী পুম্বদা খোল য়াম্না হৌনা প্রচার তৌগদবনি। মহু অরাল-অহুই য়াওদবা মফমদগী লাইব্রীকশিংহুগী মরম শেংনা তারবা শুদ্ধ ভক্ত অমনা তৌগদবা মথৌনি। মী অয়াম্বনা অতোপ্পগী মফমদা ৱা ঙাঙজনিঙঙী, অহুবু বৈদিক জ্ঞানগী

মরম্নদা ওাওবা ওম্নবা প্রশিক্ষণ ফংদবা ওইবনা মখোয়না ওাওবা পুম্নমক নাতৈ চাদবা ওাক ওাওঙী অদুগা শ্রবণ তৌক্লিবা মীশিংস্থ নাতৈ চাদবা মওংদা ওাক লৌশল্লী। পৃথিবীগী যুম্বান-কৈবানগী পাউ শন্দোক্লবা মকম লীশীঙ লীশীঙ লৈ অদুগা পৃথিবীগী মীয়াম্নস্থ মদু লৌশল্লী। মতৌ অদুগুম্না, পৃথিবীগী মীয়ামদা ভগবানগী প্রাকৃত-নত্তবা বিষয় ময়ামদু শ্রবণ তৌবা তম্বিফম থোকই, অদুগা ভগবন্তক্তনা খোল্লাও থাদুনা রা ওাওবা তাবনি, মদুতদা ময়ামদুনা মনাকোওদা হাপকনি। হওোইশিংনা খোল্লাও থাদুনা খোংঙী, মখোন্দুনা মখোয়বু চাননবা লিলশিংবু কৌই। মীওইবদা লৈয়েং হাম্নীবদি বেদমন্ত্র শোন্নবা হাম্ননি হওোইগুম্না খোওনবা নত্তে। শ্লোকসিদা য়াওরিবা অসতী হায়বা শব্দসিস্থ অর্থ-লৈত্তবা নত্তে। অসতীগী অর্থদি বেশ্যা ওইবরী নুপী হায়বনি। বেশ্যাগীদি অফবী নুপীগী গুণশিংদু লৈতে। মতৌ অদুগুম্না, বেদমন্ত্র শোন্নবা হায়দুনা মীওইবদা পীবা লৈয়েংদু যুম্বাল্লোনগী ওইবা নাতৈচাদবা রা শক-শোনবদা শীজন্নবা মতমদা বেশ্যাগুম্বনি হায়না লৌগদবনি।

শ্লোক ২১

**ভারঃ পরং পট্টকিরীটজুষ্টমপ্যুত্তমাঙ্গং ন নমেন্মুকুন্দম্।**
**শাবৌ করৌ নো কুরুতে সপর্য্যাং হরের্লসংকাঞ্চনকঙ্কণৌ বা ॥২১॥**

ভারঃ—পোৎলুম; পরম্—অরুম্বা; পট্ট—পাট, সিলিক; কিরীট—কোকয়েৎ; যুষ্টম—য়েৎলবা; অপি—স্থ; উত্তম—থক-থংবা; অঙ্গম্—হকচাঙ কায়াৎ; ন—কদৌঙৈদস্থ নত্তে; নমেৎ—নোঙকযি; মুকুন্দম্—লানবিহৈবা শ্রীকৃষ্ণ; শাবৌ—অশিবা হকচাঙ; করৌ—খুৎ; ন—নত্তে; কুরুতে—তৌয়ি; সপর্য্যাম পূজা তৌবা; হরেঃ—শ্রীহরিগী; লসৎ—লংলিবা; কাঞ্চন—সনাগী; কঙ্কণৌ—খুজি; বা—স্থ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙগী মথক-থংবা কোক অদু সিলিক্কী কোকয়েৎ য়েৎলবস্থ লানবিহৈবা ভগবানগী মযমদা খুকম্বগী নুকথদ্রবদি য়াম্না লুপ্পা পোৎলুম্নি। লংলবা সনাগী খুজিনা লৈতেলবদা খুৎ অদুনা ভগবান্ শ্রীহরিগী সেবা তৌদ্রবদি অশিবা মীগী খুৎকুম্বনি।

নৈনরোল

মমাঙদা হায়খিবগুম্না ভগবানগী ভক্ত মথল অদুম্নি। ভক্তমকোক ভগবানগী সেবা তৌদবা মীবু য়েংদে, ভক্ত ময়ায়গী জাত্তি ভক্ত অমস্থং ভক্ত-নত্তবা অনী থোক্না খায়দোকয়ি। মনমসিনা ভক্ত ময়ায়গী জাৎসি প্রচারগীদমক লৈবনি, অদুগা মথক্কী শ্লোক অসিদা পনখিবগুম্না, মখোয়না ভগবানগী মিংচৎপু খোল-হৌনা প্রচার তৌগদবনি। অহুম শুবা থাক্কী ভক্ত নংত্রেগা ভক্ত-নৎতবা কাঙবুদগী ভক্ত-ময়ায়গী জাৎসিনা শিষ্য লৌশল্লী। করিগুম্বা মতমদা ভক্ত মকোক্কী জাৎসিস্থ প্রচারগী থবক তৌনবা হায়দুনা ভক্ত ময়ায়গী থাক্ত কুমথরকয়ি। অহুম-শুবা থাক্কী ভক্ত অমদি ওইবা ময়াবা মীচম অদুগুম্ববু, মহাক্না য়াম্না লল্লেবা মী নংত্রেগা সিল্লিক্কী কোকয়েৎ য়েৎপা নংত্রেগা লুহুপ-উপ্পা নিংথৌ ওইরবস্থ, মন্দিরদা চৎতুনা লাই খুরুম্মু হায়না শ্লোক অসিদা পাউতাক পীরি। ভগবান্দি অচৌবা নিংথৌ নংত্রেগা নিংথৌরেনশিংগী য়াওনা মী খুদিংমক্কী মপুনি, অদুনা মীওইবনা লল্লেবনি হায়না লৌনরবা মীতাশিংদুস্থ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মন্দির চৎতুনা বিগ্রহমূর্ত্তিগী মমাঙদা মতম চানা খুরুমগদৌবনি। উপাস্যদেবতা ওইনা লৈরিবা মন্দিরগী বিগ্রহদুবু কদৌঙৈদস্থ নুঙনা নংত্রেগা উনা শাবনি হায়না থনফদে, মরমদি ভগবান্না মাগী অর্চ্চ (পূজা) অবতার ওইনা মন্দিরদা বিগ্রহ ওইনা লৈবদুনা সংসারদা পতিত ওইবা (তারবা) মীশিংবু ভগবান্না মঙ্গলগী মশক ওইনা লৈবিরদুনা য়াম্না চানবিরিবনি। মমাঙদা পনখিবা শ্রবণ হায়বা ভক্তি-অঙ্গ অদুনা মন্দিরদা ভগবান্ লৈ হায়বসি অনুভূতি তৌবা য়ারিবনি। মরমসিনা ভগবানগী নিতি সেবাদা ইহান-হানবা অঙ্গ

শ্রবণ হায়বসি তোকপা-য়াদবা ৱাফম্নি। অচুম্বা তাকম্ন-ওইবা পোৎ ভগবদগীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতমদগী শ্রবণ তৌবসি ভক্ত মখল লোইনমক্কী তৌফম থোকপনি। সংসারগী পদবী পায়দুনা ফমজরিবা অদুগা মন্দিরদা লৈবা ভগবানগী বিগ্রহদা খুরুমজবা অদুগা উপাসনা তত্ত্ব খঙদবদগী মন্দিরদা উপাসনা তৌববু য়াদবা মী মহাক্কুদি মহাক্কী কোকয়েৎ নৎত্রগা লুহুপ্পুনা মহাকপু সংসার ঈপাক্কুংদা অমুক হেন্না লুপহনগনি হায়বসি শোয়দনা খঙবা চুম্মী। মকোক্তা কোকথোঙ অরুম্বা পুখিবা মীনা মবোক্তা করিমত্তা পুদবা মীতাদগী হেন্না থুনা ঈশীংদা লুপথবা শোয়দবনি। অপঙবা নাপনচাউবা মীনা ঈশ্বর-তত্ত্ববু মানিদে অদুগা মাগীদি ঈশ্বরনা কদৌনগদগে হায়। অদুবু থোপ্পুংদা ঈ নঙশন্দুনা ভানাবা ওইরকপা মতমদা ঈশ্বর-থাজদবা মীদুনা মাগী লম্বুম্না পোৎলুম ওইনা লমশল্লকপদগী অবিদ্যাগী (খঙদবগী) ঈপাক্তা লুপথৈ। ঈশ্বর-ভাবনা যাওদবা প্রাকৃতবিজ্ঞানগী চাওখৎপদি মানব-সমাজগী মকোক্কী পোৎলুম্নি; মরমদুনা পোৎলুম্নি হায়বা পাওমেন অসি মুম্না ঐগোয খুদিংনা খঙগদবা ওই।

মী অমনা ভগবানবু সেবা তৌবগী মতম ফংদ্রবস্তু ভগবানগী মন্দির মার্জন (ৱাইশীৎপা অমদি ৱাই তৈবা) মীৎকুপ থরদগী ওইরবস্তু তৌবদা মথুৎ অনীদু শীজিন্নগদবনি। উডিষ্যাগী খুৎকন্ পাঙ্গনবা নিংথৌ মহারাজ প্রতাপরুদ্রদু লৈপাক শাসনগী থবক্তা মতম পুম্নমক্তা য়াম্না চিল্লম্মী, অদুম ওইনমক চহী খুদিংগী রথযাত্রা হায়বদি কাংচিংবদা পুরীদা প্রভু জগন্নাথগী মন্দির ৱাই-শীৎপা তৌদবা য়াদে হায়না তৌরম্মী। মসিগী ভাবতি লক্ষ্য চাউবা মী ওইগে ওইসনু মঙোন্দগী ভগবান্না হেল্লী হায়বসি মহাক যাদবা য়াদে। ভগবৎ-ভাবনা অসিনা মী মাবু সংসারগী মায়বৈদা চাওখৎপদসু তেঙবাঙগনি। প্রভু জগন্নাথগী মথা পোনবা যাবনা প্রতাপরুদ্রনা খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ অমা ওইরম্বনি, মহাক্তা কল্লম্বসি কয়ামুক কল্লম্বগে হায়ববু মাগী মতমগী শক্তি-লৈবা পাঠানশিংনযাওবা রাজা প্রতাপরুদ্রবু কিবদগী লান্দারকপা ঙমখিদে। মহারাজ প্রতাপরুদ্রনা মহাবু শ্রীজগন্নাথগী মানইনি হায়না লৌবা উবদা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মহারাজবু চানার্বিখি। মরমসিনা লৈরবা মী অমগী তালোইনা সনাগী খুজি অবঙবা মথুদাংদা শিরবস্তু মহাক ভগবানগী সেবাদি তৌগদবনি।

শ্লোক ২২

**বর্হায়িতে তে নয়নে নরাণাং লিঙ্গানি বিষ্ণোর্ননিরীক্ষতো যে।**
**পাদৌ নৃণাং তৌ দ্রুমজন্মভাজৌ ক্ষেত্রাণি নানুব্রজতো হরের্যৌ ॥২২॥**

বর্হায়িতে- বাঙোংগী মতুগুম্বনি, তে মখোয়দু, নয়নে—মীৎশিংদো; নবাণাম্— মীশিংগী, লিঙ্গানি —মূর্ত্তি; বিষ্ণোঃ— বিষ্ণুগী; ন নত্তে; নিরীক্ষতঃ—যে ঙি, (ন নিরীক্ষতঃ—যেঙদে); যে মখোযদু; পাদৌ — খোঙ, নৃণাম্ —মীশিংগী, তৌ -মগোয, দ্রুম জন্ম —উগী মপোক; ভাজৌ —মদুগুম্বা, ক্ষেত্রাণি —তীর্থ (লাইফম); ন— নত্তে; অনুব্রজতঃ— চৎলি; (ন অনুব্রজতঃ—চৎতে); হরেঃ —শ্রীহরিগী; যৌ— মখোয়দো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীবিগ্রহবু দর্শন তৌদবা মাগী মমীৎ অদু ৱাঙোং মতুদা য়েকপা মীৎকুম্বনি। শ্রীহরিগী লীলা থাম্নমম তীর্থশিংদা (ক্ষেত্রশিংদা) চৎতবা খোঙ অদুদি উ পাম্বীগুম্বনি।

নৈনরোল

থোইদোক হেন্দোক্তা গৃহস্থ ভক্তশিংগীদমক বিগ্রহ লাৎপা হায়বগী লম্বীসি য়াম্না কন্না তৌফম থোকযি হায়রি। য়ারিবমথৈ গুরুনা তাকপা মতুং ইন্না গৃহস্থ খুদিংনা রাধাকৃষ্ণ, লক্ষ্মীনারায়ণ নৎত্রগা সীতা-রাম-গুম্বা ভগবানগী বিগ্রহমূর্ত্তি নৎত্রগা নৃসিংহ, বরাহ, গৌরনিতাই, মৎস্য, কূর্ম্ম, শালগ্রাম-শিলা নৎত্রগা বিষ্ণুগী মূর্ত্তি অতৈ হায়বসি ত্রিবিক্রম, কেশব, অচ্যুত, বাসুদেব, নারায়ণ, দামোদরনচিংবা বৈষ্ণবতন্ত্র নত্রগা পুরাণশিংনা হায়বা লাই মূর্ত্তিশিং থিন্দুনা থমগদবনি অদুগা ইমুংগী মীশিংনা অর্চনা-বিধি (লাৎপগী নিয়ম)

চপচানা ঙাক্পুনা লাই সেবা তৌগদবনি। ইমুং অমগী চহী ১২ হেল্লবা মী খুদিংমকপু মতীকচাবা গুরু অমদগী দীক্ষা লৌহনগদবনি, অদুগা য়ুমথোঙ খুদিংগী মী খুদিংমক্না ভগবৎ-সেবা তৌগদবনি; সেবাদি অয়ুক্কগী (পুং ৪ তাবদগী) অহিং ফাওবা (পুং ১০ ফাওবা) হায়বদি মঙ্গল-আরাত্রিক, নিরঞ্জন, অর্চ্চনা, পুজা, কীর্ত্তন, শৃঙ্গার, ভোগবৈকালি, সন্ধ্যা-আরাত্রিকা, পাঠ, ভোগ (নুংদাংগী), শয়ন-আরাত্রিকনচিংবা তৌগদবনি। মতীক চাবা গুরু অমবু তাকহল্লগা ইষ্টদেব সেবা তৌবদি গৃহস্থশিংবু পবিত্র ওইহনবদা মতেং য়াম্না ওইগনি অমসুং আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মায়কৈদা খোঙথাং থুগৎকনি। সাধক ভক্ত অমগীদমক্তি লাইরীক্না তাকপা জ্ঞান অদুনা ঙাক য়াদে। লাইরীক্না তাকপা রাদি চীন্না তাকপনি খুৎথোক্না তৌবা নত্তে, অদুগা অর্চ্চনাগী বিধিদি খুৎথোক্না তৌগদবা থবক্নি। পারমার্থিক জ্ঞান্দি চীন-খুং অনীগী জ্ঞান পুন্না তৌরগা চাওখৎকদবনি। মতুম তৌরগদা আধ্যাত্মিক সিদ্ধি হায়বদু ওইগদবনি। সাধক ভক্তগী ভক্তি-যোগগী মবমদা প্রশিক্ষণ তৌবদি ভগবানগী নাক তান্না শিষ্যবু পুবিবা ঙম্বা মতীকচানা হৈবা গুরু নংত্রবদি য়াদে। মী অমনা মনুমগী লৈত লাইবগী মেন্নবা মাস্তক-তৌবা গুরু ওইগে হায়না থোবকফদে। শিষ্যবু নকশল্লক্নবা মৃত্যুগী খুবাক্তগী কনবিনবা অহৈবা মীনা গুরু ওইগদবনি। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা গুরুগী অওইবা গুণ করিনো হায়বদু তাক্লম্মী; মদুগী রা হায়রকপদা য়াওরকপা শ্লোক অমা মখাদা পীনিঃ

**শ্রীবিগ্রহারাধন-নিত্য-নানা শৃঙ্গার-তন্-মন্দির-মার্জ্জনাদৌ।**
**যুক্তস্য ভক্তাংশ্চ নিযুঞ্জতোঽপি বন্দেগুরোঃ শ্রীচরণারবিন্দম্॥**

শ্রীবিগ্রহদি অর্চাগী হায়বদি সেবা পূজা তৌনঙাই ওইবা ভগবানগী রূপ অদুনি। শিংযানা শৃঙ্গার হায়বদি যিজেৎ-লৈতেং থোন্দুনা অদুগা মন্দির মার্জ্জন হায়বদি মন্দির রাই শীৎ-তৈথুনা ইষ্ট দেব পূজা তৌগদবনি। ভগবানগী প্রাকৃত নত্তবা নাম, রূপ, গুণচিংবদু উপলব্ধি তৌবদা শিষ্যবু মতেঙ পাংবা ওইনা গুরুনা সাধক ভক্তদা হায়বিবা নিয়মশিংসি থৌজানবিদুনা মচামক্না তাকপী-তীকপী।

ভগবানগী সেবাদা হায়বদি থোইদোক হেন্দোক্না মন্দির শেম-শাবদা অমদি লৈতেংবদা পুক্নী চঙবা, অদুগা লোযননা ঈশৈ শকনুা কীর্ত্তন তৌবদা অদুগা শাস্ত্রদগী পরমার্থগী মরমদা পাউতাক পীবদা পুক্নী চঙবা অসিনা মীচম অমবু নবক লমগী মশক ওইবা সিনেমা অমসুং রেডিওনা মযম খুদিংদা শন্দোক্লিবা খুলং-ইশৈ গুম্বা ইশৈনা চিংশনবদগী ডাকথোক্কনি। কনাগুম্বা ময়ুমদা মন্দির থম্বা ওমদ্রবদি মথক্কা হায়বিবা ধর্ম্ম-কর্ম্মশিংসি তৌবিবা অতোপ্পগী মন্দিরদা চৎতুনা যাওকবা য়াই। ভক্ত অমগী মন্দিরদা চৎলগা ফজনা ফিজেৎ লৈতেংলবা ভগবানগী বিগ্রহ মূর্ত্তিশিংদু দর্শন তৌবনা সংসারদা লুপ্পা পুক্নীংদা পরমার্থগী ইথিন পোরক্কনি। মী ময়াম্না মন্দিরদা লৈবা অমদি লাই সেবা নীংথিনা তৌরিবা বৃন্দাবনগুম্বা লাইযমশিংদা চৎপা চুম্মী। মমাঙৈদা গোস্বামী তক্ককুম্বা ভগবদ্ভক্তশিংনা তাবপা মতুং ইন্না নিংথৌশিংনা অমদি লল্লেবা লল্লোন ইতিক তৌবা মীতাশিংনা মথক্কা হায়বিবা অসিগুম্বা মন্দির য়াম্না শারম্মী। মীচমশিংনা মহান ভক্তশিংগী খুড়ং ইন্দুনা হায়রিবা মন্দিরশিং অমদি লাইযমশিংদা তৌরিবা উৎসব-পর্ব্বশিংসে দর্শন তৌবদি মীচমশিংগী মথৌনি (অম্বুব্রজ)। হায়রিবা পবিত্র তীর্থশিং অমদি মন্দিরশিংসে অসুম চুম্নগী লময়েংবগী রাখল। চৎকদবা নত্তে, ভগবানগী লীলানা অমর ওইহল্লবা তীর্থশিং অমদি মন্দিরশিংদা চৎলগা মতীক চাবা ভগবৎ-তত্ত্ব খঙবা মীগী লমজিং যংননবা হোৎনগদবনি। মসিবু অম্বুব্রজ কৌই। অম্বু হায়বদি তুং ইনবা হায়বনি। মরমসিনা মন্দির অমদি তীর্থ দর্শন চৎপদি অথঙবা গুরু অমগী পাউতাক ইন্দুনা চৎপনা থাইদগী ফবা হেল্লী। মীওইবগী চৎনিংবদু লম-য়েংবগী ভাবতা চৎপনা শেরাম্বনা শীজল্লে। কোয়নীঙবগী থাইদগী ফবা উদ্দেশ্যদি আচার্য্যশিংনা লিংলম্বা তীর্থশিং দর্শন তৌদুনা পাঙথোকপা চুম্মী, অদু ওইরবদি পরমার্থগী রা খঙদবা শেন-শানবা হোৎনবা মীনা লাইগী-নত্তবা প্রচার তৌদুনা মীবু শেরাম্বনা পুহনবদি য়ারোই।

শ্লোক ২৩

**জীবচ্ছবো ভাগবতাঙ্ঘ্রিরেণুং ন জাতু মর্ত্ত্যোঽভিলভেত যস্তু।**
**শ্রীবিষ্ণুপদ্যা মনুজস্তুলস্যাঃ শ্বসচ্ছবোয়স্তু ন বেদ গন্ধম্ ॥২৩॥**

জীবন্—হিংলিঙৈদা; শবঃ—অশিবা হকচাঙ; ভাগবত-অঙ্ঘ্রি-রেণুম্—শুদ্ধ ভক্ত অমগী খুয়া উৎফুলঃ ন—নত্তে; জাতু—করিগুম্বা মতমদা; মর্ত্ত্যঃ—শিগদোবা মীওইবা; অভিলভেত—ফংঙী; যঃ—মহাক; তু—অদুবু; শ্রী—ঐশ্বর্য্যগা লোয়নবা; বিষ্ণুপদ্যাঃ—বিষ্ণুগী খোঙ-থম্বানগী; মনুজঃ—মনুনা পোকপা (মীওইবা); তুলস্যাঃ—তুলসী মনা; শ্বসন্—সোর হোন্না হোন্না; শবঃ—অশিবা হকচাঙ; যঃ—মহাক; তু—অদুবু; ন বেদ—খঙলমদে; গন্ধম্- মনম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবদ্‌ভক্তগী খুয়া-উৎফুল মকোক্তা হাপ্তবা মী মহাক্তুদি লেপ্পমক অশিবা হকচাঙ-পোলাংনি। ভগবান্‌গী চরণ তুলসী মনম লৌদ্রিবা মীদুস্তু সোর হোন্ন-হোন্না অশিবা হকচাঙ-পোলাং অমনি।

নৈনরোল

শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা হায়বা মতুং ইন্নদি সোর হোন্ন-হোন্না অশিবা মীদি ভূত অমনি। মীনা শিরবদা মাবু অশিবা হায়নৈ, অদুবু ঐখোয়গী লৈজরিবা মীৎসিনা উবা ফংদবা সূক্ষ্ম (অকুপ্পা) শরীরদা (হকচাঙদা) থোবক্লগা থবক্তি অদুম তৌবা—অদুগুম্বা অশিবা হকচাঙবু ভূত কৌয়ি। ভূতশিংসি মতম পুম্বদা ফজবা তৌবা ঙাক্তি, মখোয়না মতম পুম্বদা অতৈ অতোপ্পা অমগী অকিবগী মশক ওইবা ফাওম অমা থোকহল্লী। মতৌ অদুগুম্না, শুদ্ধভক্তশিংবু সম্মান তৌদবা নংত্রগা মন্দিরদা লৈবা বিষ্ণুগী বিগ্রহবু খুকমদবা ভূতকুম্বা মীতাশিংদুদি ভক্তশিংগী মযমদা অকিবগী মশক ওইবা ফীভম অমা পুথোক্লবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা পুকচেল শেংদবা ভূতশিংনা কৎলবা পোৎ অমতা ভগবান্‌না লৌবিদে। কনাগুম্বনা মাগী ঙুংশিজবা মীদুদা ঙুংশিবগী রা ফোংদোকত্রিঙৈদা মীদুগী হুইদুবু হান্না ঙুংশিগদবনি হায়নবিবা রা অমা লৈ। শুদ্ধভক্তিগী মতাঙদু য়োংগে হায়রবদি ভগবান্‌গী অশেঙবা ভক্তবু পুক্নীং শেংনা সেবা তৌরগদা য়োংগদবনি। মরমদুনা ভগবান্‌গী সেবা তৌগে নীঙবা মীনা অহানবদা তৌগদবা থবক্তি শুদ্ধ ভক্ত অমগী মনাই (দাস) ওইগদবনি। রায়ম অসি শুদ্ধ ভক্ত অমগী সেবা তৌকরবা শুদ্ধ ভক্ত অমগী খুয়া উৎফুল লৌরগদা পাঙথোক্কদবনি। মদুতনি ভক্তগী গুরুশিষ্য পরম্পরা (মথঙ মথঙ) হায়বদু।

মহারাজ রহূগণ-না মহর্ষি জড় ভরতকী মযমদা পরমহংস অমগী মুক্ত-অবস্থাদু মতৌ করম্না ফংগদগে হায়না হংখিবদা মহর্ষিদুনা মখাগী পাউখুমসি পীখি (ভাগবতম্ ৫।১২।১২)

**রহূগণৈতৎ তপসা ন যাতি ন চেজ্যয়া নির্বপণাদ্ গৃহাৎ বা।**
**ন চ্ছন্দসা নৈব জলাগ্নি-সূর্য্যৈর্ বিনা মহৎপাদ-রজোঽভিষেকম্ ॥**

"হে মহারাজ রহূগণ, পরমহংসগী সিদ্ধি অদু মহৎ ভক্তশিংগী খুয়া-উৎফুল ফংত্রগদি ফংবা য়াদে। সিদ্ধিসি তপস্যা তৌদুনসু ফংবা ঙমদে, যজ্ঞ তৌদুনসু ফংবা য়াদে, সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌরগসু য়াদে, গৃহস্থধর্ম্ম পালন তৌবনসু ওইবা য়াদে, বেদ-মন্ত্র থীবনসু ওইবা য়াদে, য়াক্লবা ঙুংশাদা তপ তৌবনসু ওইবা য়াদে, অইংবা ঈশীংদা নংত্রগা মৈরী-ফবা মৈনাক্তা ফম্নগসু ওইবা য়াদে''

রাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মাগী মায়া-পক্তবা শুদ্ধভক্তগী মরম্নি, মরমদুনা ভক্তশিংনা অতোপ্পা ভক্ত অমদা কৃষ্ণবু পীবা ঙম্মী, কৃষ্ণবু হকথেংননা যংবা শুকয়া য়াদে। মরমদুনা ভগবান্ চৈতন্যনা মহামকপু গোপীভর্ত্তুঃ পদকমলয়োর দাস-দাসানুদাসঃ হায়বদি বৃন্দাবনগী গোপীশিংবু য়োকপীবা ভগবান্‌গী মনাইগী মনাই অদুগীসু মনাইনি হায়খিবা। মরমদুনা শুদ্ধ ভক্ত অমনা হাকথেংননা

ভগবানগী নাক্তা চঙদে, অদুগী মহুত্তা ভগবানগী মনাইগী মনাইবু পেলহন্নবা হোংনৈ, মতৌ অসুম তৌরগা ভগবান্না পেল্লী, মতম অদুতদা ভক্তচুনা ভগবান্গী চরণ-দা পকপা তুলসী পত্রগী মহাও তংজে। বেদ-হৈবা পণ্ডিতনসু ভগবানবু কদৌঙৈদসু ফংবা য়াদে, অদুবু মাগী শুদ্ধ ভক্তদা চঙজরগদি য়াম্না লায়না মাবু ফংবা য়াই হায়না ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি। বৃন্দাবন্দা শুদ্ধ ভক্ত পুম্নমক্না ভগবান্ কৃষ্ণগী হ্লাদিনীশক্তি ওইরিবী শ্রীমতী রাধারাণীগী কৃপা ফংনবা প্রার্থনা তৌনৈ। শ্রীমতী রাধারাণীদি পরতত্ত্ব ওইবা মপূম অদুগী থম্মোই-নৌবী শক্তি হায়বা অংশনি, জগৎকী নারী-প্রকৃতিগী অয়োবী মতাওদুগা মান্নে। মরমদুনা রাধারাণীগী কৃপাদি শুদ্ধভক্তগীদমক্তি হেক্তা ফংনৈ। অমুক্তং রাধারাণীনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তচু লৌশন্বিবা য়ারে হায়না হঙ্গৎপগা অদুম শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু পাষদলক্তা চঙহন্বিরে। মরমদুনা বা হায়ববু ভগবান্দা হকথেংননা চঙবগী মহুত্তা ভক্তগী কৃপা ফংনবা থিবা তাই হায়বসিনি। মতৌ অদুম তৌরগা (ভক্তগী শুভ-ইচ্ছানা) ভগবান্গী সেবাদা চঙনীংবা মচাগী ওইনা য়াওজংকপদু অমুক নৌহৌনবা পোক্লকনি।

শ্লোক ২৪

**তদশ্মসারং হৃদয়ং বতেদং যদ্ গৃহমাণৈর্হরিনামধেয়ৈঃ।**
**ন বিক্রিয়েতাথ যদা বিকারো নেত্রে জলং গাত্ররুহেষু হর্ষঃ ॥২৪॥**

তৎ— মদু; অশ্মসারম্— য়োৎ ওাক্তগী হৈবা হায়বদি অকনবা; হৃদয়ম্— থম্মোই, বত ইদম — লেপ্পমক মদু; যৎ মদু; গৃহমাণৈঃ শোন্ন শোন্নমক, হরিনাম হরিগী মিং; ধেয়ৈঃ ধ্যান তৌনা, ন নত্তে, বিক্রি- যেত—হোংঙী; অথ মতৌ অদুম্না, যদা— মতমদুদা; বিকারঃ— নাচুংবা; নেত্রে - মীত্তা, জলম – পিবা; গাত্ররুহেষু- তুদা; হর্ষং চুংবগী হারওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিনাম শোন্ন-শোন্নমক মাগী থম্মোইদু পেন্থবা, মীত্তগী পিরাং শিন্থক্রবা, হনাওবনা তুচু দবা, অদু- গুম্বা মীগী থম্মোইদি যোৎনা শানি।

নৈনরোল

অনীশুবা স্কন্ধগী অধ্যায অহুমদা ভক্তিযোগ পোকুনা অসুম অসুম চাওখৎলকপদু উৎনি হায়বসি য়েংশন্বা কান্নগনি। অহানবা অধ্যাযদা ভগবৎ-ভাবনা পোক্নবা ভক্তিগী খোঙথাঙ অহানবা শ্রবণ অমসুং কীর্তন তৌগদবনি হায়বি অদুগা ভক্তিযোগ অহানবা চঙলকপা মীগীদমক ভগবান্গী বিরাটরূপ খন- গদবনি হায়বদু তাক্লী। মাগী বহিরঙ্গ শক্তি হায়বদি প্রকৃতিগী থোঙদা ভগবান্গী বিরাটরূপ খন্বনা মাগী চিত্তবু অমসুং ইন্দ্রিয়বু দিব্য-ভাব পুহনবা ঙম্মী অমসুং থম্মোই খুদিংদা মনম খুদিংদা অদুগা প্রাকৃত জগৎকী অণু পরমাণু হায়দা লৈচেংদসু ছন্না লৈবা পরমাত্মাবু ধ্যান তৌবা ঙম্মী। সাধারণ মীয়ামগী মপূক্রীং মথল মঙা তাক্লিবা পঞ্চ-উপাসনাগী নিযমসু পরমাত্মা ধ্যানগীদমক পাঙথোকয়ি, উপাসনা মঙাদুদি থক-থোংববু অগ্নিগী, সূর্যগী, জীবশিংগী, মহাদেব শিবগী অমসুং অরোইবদা ভগবান্ বিষ্ণুগী অংশ ওইনা নির্বিশেষ পরমাত্মাগী মওংদা পূজা তৌয়ি। মখোয়সি ফজনা অনীশুবা অধ্যায়দা বর্ণন তৌয়ি। অদুগা অহুমশুবা অধ্যাযদনা বিষ্ণুবু পূজা তৌবগী মতাঙ হায়বদি পূক্নিঙশেংবা সেবাগী মতাঙ কনাগুম্বনা য়োন্নবা মতুংদা মখা তাথগদবদু তাক্লি, অদুগা বিষ্ণু পূজাগী অযৌবি থাক অদু থম্মোই হোংবগা মরী লৈননা মফমসিদা তাক্লি।

পারমার্থিক কৃষ্টিগী সাধন মপূম অদু জীবনা মাগী নিত্য স্বরূপকী মতাঙ হায়বদি ভগবানগা মাগা ভগবান্গী মনাই ওইনা লৈনরিবা সম্বন্ধগী মতাঙদা মাগী (জীবগী) থম্মোই হোংহন্নবগীদমক্তনি। মরমদুনা ভক্তি যোগগী লম্বীদা খুমাঙ চাওখৎলকপগা লোয়নবা জগৎকী মপু ওইনিংবদগী এইরোইদৌবা রাথম্না

নমহৎতুনা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ভোগ তৌনীংবদগী অপুম অপুম হন্দোরক্তুনা থম্মোইগী অহোংবা অদু উৎলী। অদুগা লোয়ননা ভগবান্গী সেবা তৌনীংবা হেন্জংলকপদুসু উৎলী। বিধি ভক্তি হায়বদি (মথক্তা হায়প্রবা, মীৎ, নাকোঙ, নাতোন অমসুং খোঙ হায়বা) হকচাঙগী কায়াৎশিংনা তৌবা সেবাগী বাদু হকচাঙ কায়াৎশিংবু থবক্তা ইনশন্বা পুক্নীংগা মরী লৈননা হৌজিক মফমসিদা নৈনরি। বিধিভক্তিসি তৌদুনা থম্মোইদা অহোংবা অমা লাকপদু ওইহনবা ঙম্মথৈ হোংনগনি হায়না আশা তৌই। মসুম্মা থম্মোই হোংবসি থোক্ত্রবদি মাগী থম্মোইদু য়োৎ ঙাক্তনা শাবনি হায়না লৌগদবনি, মরমদি শ্রীহরিগী নাম শোন্নব-ফাওবদা থম্মোইদু পেৎত্রে। ভক্তিগী লমদা তৌগদবা জীবগী মথৌ পাঙথোক্নবগী মূল-নীতিদি শ্রবণ অমসুং কীর্তন হায়বসিনি অমসুং নিয়ম অনীসি চপ চানা তৌরগদি পি তাবা অদুগা হকচাঙদা তুজুংবা হায়বা সাত্ত্বিক বিকার অদু পোক্কনি হায়বসি ঐখোয়না মতম পুম্বদা নীঙশিংগদবা ওই। বিকারশিংসি মশানা অদুম ওইরক্কদবা পোৎমি, মখোয়সিনা অহানবা হৌগৎলর্কপগী ভাব কৌবা মতাঙগী হায়বদি ভগবানবু নুংশিবা হায়বা প্রেমা-গী মতাঙদু য়ৌত্রিঙৈ-মমাঙগী মতাঙদুগী বিকার ঙাক্তি।

অতৎপা লৈতনা ভগবান্গী পবিত্র নামদুবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌরবফাওবদা ভাব হায়বা বিকারশিংসি লাক্ত্রবদি মীদুগী অপরাধ লৈরে হায়না খনবা তাই। হায়রিবসি 'সন্দর্ভগী' মত-নি। ভগবান্গী পবিত্র নাম শোনবা হৌগৎলকপদা নাম অপরাধ তরাদো তৌদনবা ভক্তদুনা চেকশলহৌদ্রবদি কৃষ্ণগা কায়নবা মৈচাক্কী বিকার পিরাং অমদি তুজুংবা হায়বদু উবা ফংলোই। ভাব পোকপগী মতাঙদি সাত্ত্বিক বিকার নিপাল হায়বদি স্তম্ভ (পঙথবা), স্বেদ (হুমাঙ থোকপা), রোমাঞ্চ (তু চুংবা), স্বরভঙ্গ (খোন্থোক কায়বা), বেপথুঃ (হকচাঙ নীকপা), বৈবর্ণ্য (হকচাঙ তাইযেৎ তাইবা), অশ্রু (পিরাং চেনবা), প্রলয় (রাম্থবা) অসি ভাবুক ভক্তগী পোকই। শ্রীল রূপ গোস্বামীগী 'ভক্তিরসামৃত সিন্ধু' (ভক্তিরসনা ওইবা অমৃতগী ঈপাক) কৌবা লাইরিক্তা বিকার নীপালসি ব্যাখ্যা তৌরি অদুগা লেঙদবা নৎত্রগা হেঙ্গৎলকপা বিকার লাকপা মতমদা করি করি ওইরবই হায়বদুসু ময়েক শেংনা বর্ণন তৌরি।

ভক্ত শোয়নৌশিংনা মীনা থাগৎনবা হায়দুনা মথক্কী সাত্ত্বিক বিকারশিংসিগী মতৌ তমদুনা ভাব্য উৎশন্নবগী মতাঙদা শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা য়াম্না কৃপ্না নৈনরম্মী। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীদা নত্তে শ্রীল রূপ গোস্বামীসু ভাবশিংসিগী মরমদা কৃপ্না নৈনরম্মী। কবিগুম্বা মতমদা প্রাকৃত সহজিয়া-শিংনা সাত্ত্বিক ভাব নীপাল অসি মতৌ তমশন্নবা য়াওই। অদুবু মখোয়গী সত্য ওইবা বিকারশিংদু মখোয়না তৌহৈদবা থবর্ক কয়া তৌথোরর্কপদা ঐখোয়না ইলায় লায়না ফাবা ঙম্মী। ভক্ত বৈষ্ণবকী চিক্কনা লৈতেংলবসু মৈথু, য়ু অমদি লোন্না কুপী পাদোংবনচিংবা থাদোর্কপা ঙমদবা মীদদি নমথাক্কী সাত্ত্বিক বিকারশিংসি পোক্তে। অদুবু কনা কনাগুম্বনা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা সাত্ত্বিক বিকারশিংসি উৎশন্নে, মরমসিনা শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা তাৎতৌবশিংসিবু য়েংকী থম্মোই চেনবনি হায়। সাত্ত্বিক বিকারগী মমি মখোয়দা করিগুম্বদা তারবসু তৌহৈদবা শাজংশিংদু থাদোক্তি্রবমথৈদি মখোয়না পারমার্থিক সিদ্ধি ফংবগী আশা তৌবা শুকয়া য়ারোই।

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা কবুরগী শ্রীল রামানন্দ রায়গা গোদাবরীগী তোর্ব্বান্দা উনরম্বা মতমদা মহাপ্রভুগী সাত্ত্বিক বিকারশিংসি থোরর্কখি, অদুবু রায়গা লোয়নরকপা অভক্ত ব্রাহ্মণশিংদু উবদা বিকারশিংদু নমথদুনা থমখি। মরমদুনা করি করিগুম্বদা ফীভম মতাগী মতুং ইন্না উত্তম ভক্তশিংগী অঙ্গদা সাত্ত্বিক বিকার উদবা য়াওরি। অশেঙবা লেঙদবা ভাব হারবদুদি ক্ষান্তি (বিষয় পান্নক্ত্রবা) অব্যর্থকালত্বম্ (মীৎকুপ খুদিংমক ভগবান্গী প্রেম-সেবাদা শীজন্নদুনা মতম মাঙহন্দবা), নাম-গানে সদা রুচি (ভগবান্গী নাম শোনবা পাম্বা), প্রীতিস্তংবসতি স্থলে (ভগবান্গী ধামদা লৈনীংবা), বিরক্তি (সংসার সুখ পামদবা), মান-শূন্যতা (নাপল য়াওদবা) ওইনা উৎলি।

থবক পূম্নমকসি মখাগী সুম্না শম্না হায়বা য়াই; অপরাধ-য়াওদবা মওংদা হরিনাম শোন্নীংবা অদুগা মীপূম খুদিংগী মরূপ ওইরবা উত্তম ভক্তনা হরিনাম কীর্ত্তন তৌবগী চপচাবা ফল ফংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা সিদ্ধি ফংলে হায়বসি মথক্তা পনখিবা সংসার বাসনা ময়াম মাগীদি লৈত্রবা মওংসিনা উৎলী। শোয়নৌ ভক্তশিংগীনা মখোয়দি ভক্তিগী অনেম্বা থাক্তো লৈরিবনিনা কল্লক মীহৌ চাউগল্লী, কয়ামুক চাউবগে হায়ববু মখোয়না মরল্লাই ভজনবিধি পুখোকরকয়ি, আচার্য্যাশিংগী রা ইন্দে। মতৌ অসুম তৌবনা মখোয়না হরিনাম তত্তনা শোনবগী মতৌ উৎতুনসু হরিনাম শোনবগী প্রাকৃত-নত্তবা আস্বাদন ফংদে। মরমতুনা মীৎতা পি তাবা, মচা নীকপা, চুমাংতাবা অমদি রাম্বনচিংবা উৎপত্তু ফত্তে হায়নৈ। অদুগী শরুকপুদি মখোয়চুনা ভগবান্‌গী শুদ্ধ-ভক্তগী নাক্তা চঙজরগা মখোয়গী ফত্তবা শাজৎ অদু চুমথোক্কদবনি। নত্রগদি মখোয় অসুম থম্মোই-কন্‌বা ৎইচুনা লৈগনি অদুগা মখোয়বু লায়রেংবা শূকয়া য়ারোই। লাই-তাক শাস্ত্রগী পাউতাকশিংতু সিদ্ধ ভক্ত অমগী মখাদা চংথরবদদা ভগবান্‌গী নাক ইরান্‌য়াইদা হন্‌বগী খোংফম অদু মপূঙ ফাবা ঙমগদবনি।

শ্লোক ২৫

**অথাভিধেহ্যঙ্গ মনোঽনুকূলং প্রভাষসে ভাগবতপ্রধানঃ।**
**যদাহ বৈয়াসকিরাত্মবিদ্যা বিশারদো নৃপতিং সাধু পৃষ্টঃ ॥২৫॥**

অথ—মরমতুনা; অভিধেহি—ব্যাখ্যা তৌবিয়ু; অঙ্গ—হে সূত গোস্বামী; মনঃ—পুক্নীং; অনুকূলম্—য়ানীংবা; প্রভাষসে—নহাক ঙাঙগু; ভাগবতপ্রধানঃ—ভক্ত অথোইবা; যৎ—মদু; আহ—মানা ঙাঙলকপা; বৈয়াসকিঃ—শুকদেব গোস্বামীনা; আত্মবিদ্যা—আত্মাগী জ্ঞান; বিশারদঃ—হৈশিংবা; নৃপতিম্—নিংথৌদা; সাধু—য়াম্না ফজ্রে; পৃষ্টঃ হংলবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত গোস্বামী, নঙনা ঙাঙখিবা রাশিংদো ঐখোয়গী পুক্নীং পেল্লি। মরমসিনা আত্মবিদ্যাগী অখণ্ড অহৈ ওইরিবা ভক্ত মকোক শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা মঙোন্দা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংবদগী মহারাজদা ঙাঙখিবশিংতু চপচানা ঐখোয়গী ইফমদা বর্ণন তৌবিয়ু।

নৈনরোল

শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মমাঙগী আচার্য্যনা তাকখিবা অদুগা মতুংদা সূত গোস্বামীগুম্বা আচার্য্যনা অমুক হন্না তাকখিবা বিদ্যাদি মতম পুম্বা শক্তিচেনবা আত্মবিদ্যানি। মরমতুনা মদু চঙজরকপা বিদ্যার্থী-শিংগী মফমদদি লৌশন্নঙাইনি অদুগা কান্ননঙাইমি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অনিশুবা স্কন্ধদা 'অশেঙবা ভক্তিপ্রেম সেবা' কৌবা অহুমশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

মরিশুবা অধ্যায়

# লৈশেম্বগী থৌওং

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**
**বৈয়াসকিরিতি বচস্তত্ত্বনিশ্চয়মাত্মনঃ।**
**উপধার্য্য মতিং কৃষ্ণে ঔত্তরেয়ঃ সতীং ব্যধাৎ ॥১॥**

স্যূতঃ উবাচ--স্যূত গোস্বামীনা হায়খি; বৈয়াসকিঃ--শুকদেব গোস্বামীগী; ইতি--অসুম্না; বচঃ--ৱাহৈশিং; তত্ত্ব-নিশ্চয়ম্--তত্ত্ব-তাকপা; আত্মনঃ--আত্মাগী; উপধার্য্য--খঙলদুনা; মতিম্--পুক্নিঙ থিংজনবা, কৃষ্ণে-কৃষ্ণদা, ঔত্তরেয়ঃ--উত্তরাগী মচানুপা; সতীম্--অওইবা; ব্যধাৎ--তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্যূত গোস্বামীনা হায়রম্মীঃ উত্তরাগী মপারি মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীগী আত্মা তত্ত্ব-তাকপা ৱা নাকোঙনা তাজরবা মতুঙদা শ্রীকৃষ্ণ লোঙ্জদ্রবা পুক্নীং থিংজনখি।

নৈনরোল

'সতীম্' হায়বা শব্দসি অর্থ-লৈবা ৱাহৈনি। মসিগী অর্থদি 'লৈবা' নৎত্রগ। 'অশেঙবী' (মোত্তবী) হায়বনি। অর্থ অনীমক মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙদা চপচানা শীজন্নবা য়াই। বেদ পুম্নগী মথৌদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্নান্দা লোঙদবা পুক্নীং থিংজনবা হায়বা শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা তাক্লিবা ৱাফমদু (১৫।১৫)তাকপনি। লাইবক ফবনা মহারাজ পরীক্ষিৎতি মমাইবেম্মাগী গর্ভদা দেহ শাগৎপা হেক হৌবদগী ভগবান্গী মফমদা রতি লৈবরুবনি। মমাগী গর্ভদা অশ্বত্থামানা কাপ্লকপা ব্রহ্মাস্ত্রনা মহাক পাল্লম্বনি। অদুবু ভগবান্গী কৃপানা মহাক মৈগী খুৎলাইদুনা চাক্কদবদগী কনবিখি। মতমদুদগী নিংথৌসিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা তত্তবা রতি লৈরকখিবনি। মরমদুনা মহাক ভক্তিদা অশেঙবা অমা ওইখিবনি। মরমদুনা মখা তাথর-কপদা হায়গদবদি মহাক ভগবান্গী সৎ ভক্ত অমা ওইরম্মী। মহাক্না শ্রীল শুকদেব গোস্বামীগী মফমদগী মী খুদিংনা সংসার বাসনা চেল্লবসু চেন্দ্রবসু শ্রীভগবান্দবু নীংগদবনি অতৈ অমা নীংফদে হায়বা ৱাদু তাথবদগী শ্রীকৃষ্ণদা হান্নদগী লৈরকপা মাগী পুক্নীংদু থোইনা হেন্জৎখিরম্মী। ৱাফমসি ঐখোয়না হান্নবা নৈনখ্রে।

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অশেঙবা ভক্ত ওইননবা থবক অনী চঙই, মদুদি ভক্ত অমগী ইমুংদা পোকপগী লাইবক অদুগা অশেঙবা গুরু অমগী আশীর্বাদ ফংবগী লাইবক। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা পরীক্ষিৎ মহারাজ-গীদি সুবিধা অনীমক লাকখি। মহাক পাণ্ডবশিংগুম্বা ভক্তশিংগী ইমুংদা পোকখি। পাণ্ডবশিংগী বংশ রক্ষা তৌননবা অদুগা মথোয়দা থোইদোকপা মওংদা চান্বী হায়বা উৎননবা ভগবান্না মহারাজ পরীক্ষিৎপু থোইদোকপা ওইনা কন্বিখি; পরীক্ষিৎশু ভগবান্না শীল্লকপা মতুং ইন্না কোম্বংদা ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপা অমনা মহাকপু শাপ তৌখি, অদুদগী শ্রীশুকদেব গোস্বামীগুম্বা গুরু অমগী সঙ্গ ফংখি। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রি মদুদি -লাইবক ফবা মীদ গুরুগী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ভক্তিগী লমাঁদা চংপা ঙম্মী।

রাকমসি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাংদদি চংনবা য়াই। ভক্তশিংগী ইমুংদা পোক্লুনা মহাক অহুম শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গ ফংঙী, সঙ্গহু ফংবনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্বদা নীংঙশিংলম্মী। মহুগী ফল ওইনা, মহাকী ভক্তিহু হেন্থংলক্লবা হায়হুনা আত্মজ্ঞান মপুং ফানা লৈরবা ভক্ত অথোইবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী মফমদা পরীক্ষিৎ মহারাজবু থেংনহনখি। মতীক চাবা গুরুগী মফমদগী ভগবৎ কথা শ্রবণ তৌরগা মাংগী শুদ্ধচিত্তহু অমুক হেন্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা চঙহনবা ঙমখি।

## শ্লোক ২

**আত্মজায়াসুতাগার পশুদ্রবিণবন্ধুষু।**
**রাজ্যে চাবিকলে নিত্যং বিরূঢ়াং মমতাং জহৌ ॥২॥**

আত্ম—হকচাঙ; জায়া—তালোই; সুত—মচানুপা; আগার—য়ুম; পশু—শগোল শামুনাচিংবা শা; দ্রবিণ—লুঙ্গ; বন্ধুষু—মরূপ অমসুং মরী মতাদা; রাজ্যে—রাজ্যদা; চ—অমসুং; অবিকলে—মরা তপ্না লৈরবদা; নিত্যম্—মতম পুম্বদা; বিরূঢ়াম্—চেৎনা মরা তারবা; মমতাম্—ঐগী হায়বা রাখল; জহৌ—থাদোক্লম্লে।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদা রতি লৈবা মরম্না মহারাজ পরীক্ষিৎতু হকচাঙ, তালোই, মচা, মযুম, শামুনচিংবা শা, শেল, মরুপ মপাঙ অমদি মরী মতা অহুগা রাজ্যদা চেৎলবা আসক্তি হায়বদি ঐগী হায়বা রাখল লৈবহু পুংথা থাদোকখ্রে।

## নৈনরোল

মুক্ত (অরান-খুভম ফংবা) ওইরে হায়বগী অর্থদি দেহাত্মা-বুদ্ধি (দেহনা আত্মানি হায়বা বুদ্ধি), হকচাঙগী অমসুং হকচাঙগা মরী লৈনবা পোৎ হায়বদি মুপী অঙাঙনচিংবা অতৈ জঞ্জাল পুম্বদা আসক্তি লৈবদগী লাম্থোকপবু হায়বনি। দেহ সুখগীদমক কনাগুম্বনা মাগী তালোই অমা থম্লগা লৌই, মহুগী ফলদি মচা মযাম্না ওই। মুপী অঙাঙশিংগীদমক মীহুগী লৈফম লম অমা চঙঙী, মরমহুনা বাস তৌননবা য়ুম অমসু চঙঙী। শগোল, শামু, শল অমসুং চুইগুম্বা শাশিংসি য়ুমদা লোইবা শানি। গৃহস্থ অমনা হায়রিবা শাশিংসি ইমুং অমগী লৈতেংগুম্না থম্মী। আধুনিক সভ্যতাদদি শগোল-শামুগী মহুৎতা কারনচিংবা শগোল শক্তি কয়ামরম্মুকী মতীক লৈনা কনবা গাড়ী শীজম্নরে। য়ুম পানবগী চৎননবা ব্যাঙ্কতা শেল হেন্থংহন্দবা য়াদে, শেল্লে চেকশন্না য়েংশনবা তাই, লৈরিবা সম্পত্তি উৎননবা মরূপ মপাং অমদি মরীমতা লৈবা তাই, অহুগা ফীভম কায়দনবা যাম্না চেকশনবা তাই। মসিবু প্রাকৃত আসক্তিগী প্রাকৃত সভ্যতা কৌয়ি। কৃষ্ণ-ভক্তি হায়বহুনা মথক্তা পনখিবা পোৎশিংদা আসক্তি লৈবহু তোকপা হায়বনি। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হকচাঙগী মুংঙাইনবা পোৎলম শুনা ফংঙী অহুগা নিংথৌগী খুভম কায়দনা পাম্নবা কনামতনা য়েৎতবা রাজ্য অমা ফংখি, অহুদগী অমুক শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা আসক্তিগা লোয়ননা লোইনমকসিন্না সম্বন্ধহু থাদোকপা ঙমখি। মহুনি শুদ্ধ ভক্তগী ফিভম হায়বদো। মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু হৌনবী মসুংশিদা মুংশিরম্মী, মরমহুনা মহাক্না ভগবানগীদমক্তি হায়না মহাকী নিংথৌ ওইবগী থবক পুম্নমক তৌবম্মী অমসুং দায়িত্ব থঙবা পৃথিবী পতি অমা ওইনা মাগী লৈবাক্তা কলিগী প্রভাব চঙদনবা হায়হুনা মতম পুম্বদা চেকশলম্মী। ভগবদ্ভক্তনা ময়ুমগী পোৎচৈশিংহু মাগীনি হায়না কদৌইদসু খন্দে, মাগী লৈজবা পুম্নমক ভগবৎ-সেবাদা কংথোক্লই। অহুনা জীবাত্মাশিংনা ভক্ত অমনা য়েংশনবিহুনা দীক্ষা-গুরুনা শীনবিরগা ঈশ্বরবু উপলব্ধি তৌবগী তাক্লা ফংজৈ।

ইমুংগী পোৎচৈবু পাম্বগা ভগবান্ কৃষ্ণবু পাম্বগা অনীসি চৎমিন্নৌ হায়বা য়াদে। অপাম্বা অমনা অমম্বগী লম্বীনি অতুগা অতোপ্পা অমনা মঙালনগী লম্বীনি। মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈতে, অতুগা অমম্বা লৈবা মফমদা মঙাল লৈতে। হৈশিংবা ভক্ত অমনা ভগবৎ-সেবাগী ভাব পুতুনা থবক খুদিংমক মঙালগী লম্বী ওইহল্লি। মতুগী খ্বাইদগী হেনবা খুদমদি পাণ্ডবশিংনি। মহারাজ যুধিষ্ঠির অমসুং মাগুম্বা গৃহস্থশিংনা মখোয় মখোয়গী মরল মথুম পুম্নমক ভগবান্ সেবাগীনি হায়দুনা থম্বনা পোৎ খুদিংমক মঙানগী মায়কৈদা চৎনহল্লী। প্রশিক্ষণ-ফংদবা (থবক মতৌ তমদ্রিবা) মীনা হায়বদি ভগবৎ-সেবাদা থবক তৌহনবা হৈতবা মীনা (নির্ব্বন্ধঃ কৃষ্ণসম্বন্ধে) ভগবান্গী যশোগান শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবগী মতীক চাবা ঙমদ্রিঙৈদা সংসার বিষয়গী সম্বন্ধ পুম্নমক থাদোকদবনি, নৎত্রগা বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্না শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মতীক চাবা মী অমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ থবায় য়াওনা নোংমতংদা ওইরবসু শ্রবণ তৌরবদি লম্ন্‌ম পুম্বদা লৈবা আসক্তিদু মাঙখিগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতৌ তম্বনা অমসুং শেন্দানবা পাঠক অমগী মফমদগী ভাগবত শ্রবণ তৌবনদি কান্নরোই। শ্রীমদ্ভাগবতম্ ইমুং মনুং থাক্লবা শেল তানবগী উপায়নি হায়না লৌবদি ভগবান্গী খুন্নাদা তৌবা খ্বাইদগী চাউবা নাম অপরাধ অমনি (সর্ব্বশুভ ক্রিয়া সাম্যম্ অপি প্রমাদঃ)।

শ্লোক ৩-৪

**পপ্রচ্ছ চেমমেবার্থংযন্মাং পৃচ্ছথ সত্তমাঃ।**
**কৃষ্ণানুভাবশ্রবণে শ্রদ্দধানো মহামনাঃ॥৩॥**
**সংস্থাং বিজ্ঞায় সংন্যস্য কর্ম্ম ত্রৈবর্গিকং চ যৎ।**
**বাসুদেবে ভগবতি আত্মভাবং দৃঢ়ং গতঃ॥৪॥**

পপ্রচ্ছ—হংখি; চ—সু; ইমম্—অসি; এব—চপচানা; অর্থম্—মরম; যৎ—মদু; মাম্—ঐঙোন্দা; পৃচ্ছথ—নখোয়না হংলিবা; সত্তমাঃ—হে মহর্ষিশিং; কৃষ্ণ-অনুভাব—কৃষ্ণগী বাখন্দা লুপ্পা; শ্রবণে—তাবদা; শ্রদ্দধানঃ—থাজবা মী; মহামনাঃ—পুকচেল চাউবা; সংস্থাম্—শিবা (মৃত্যু); বিজ্ঞায়—খঙলদুনা; সন্ন্যস্য—থাদোক্লুনা; কর্ম্ম—ফল পাম্বগী তৌবা থবক; ত্রৈবর্গিকম্—ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কাম হায়বা পুরুষার্থ অহুমগী; চ—সু; যৎ—ওইরিবা অদু; বাসুদেবে—ভগবান্ কৃষ্ণদা; ভগবতি—পরমেশ্বর ভগবান্দা; আত্ম-ভাবম্—ঐগীনি হায়না নুংশিবা; দৃঢ়ম্—অচেৎপা; গতঃ—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ঋষি অখোইবশিং, মহাত্মা মহারাজ পরীক্ষিৎতুনা ভগবান্ কৃষ্ণগী বাখন্দা মতম পুম্বদা লুপতুনা অতুগা মহাক্কী শিগদবা মতম নক্‌শল্লক্লে হায়বা মুক্লা খঙলদুনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম কৌবা পুরুধর্থ অহুমগী থবক থাদোক্লুনা হান্নদগী ওইরকপা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবদুদা চেৎশন্না লৈরগা নখোয়না হংলিবা অসুম্না শুকদেব গোস্বামীদা হংখি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগত্তা হিংনবা হোৎনরিবা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম কৌবা পুরুষার্থ অহুমগী থবকশিংদু তৌনীঙগী। বেদনা তাক্লিবা অসিগুম্বা নিয়মগী থবকশিংবু কর্ম্মকাণ্ড কৌয়ি; ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মায়িক সুখ ফংননবগীদমক নিয়মশিংসি গৃহস্থশিংনা চৎকদবনি হায়। অয়াম্বা মীগী মপুক্তীং অসিগুম্বা থবক্তা চিংশল্লী। হৌজিক্কালগী ঈশ্বরবু য়াদবা সভ্যতাগী থবকশিংদা ফাওবা মী অয়াম্বগী বাখল্দি ধর্ম্ম-ভাব য়াওদবা অখিক ওইবা মচাউখৎ অহুগা ইন্দ্রিয়-পেন্নবগী বাখল ওইনা তৌয়ি। পৃথিবীগী অচৌবা নিংথৌরেল অমা ওইনা মহারাজ পরীক্ষিৎ বেদগী কর্ম্মকাণ্ডনা তাকপা নিয়মশিংসি চৎলম্মী, অতুবু শুকদেব গোস্বামীগা সঙ্গ মতেক অমতং তৌরুবা মরম্না মহাক্লা মুক্লা খঙখি মহুদি—অদ্বয়তত্ত্ব ভগবান্ বাসুদেব

শ্রীকৃষ্ণনা মরোয়রে। শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্না পোক্কপদগী মুংশিজরকয়ি। অদুনা বেদগী কর্ম্মকাণ্ডগী খবক ময়ামদু থাদোক্লগা মপূক্নীংদু শ্রীকৃষ্ণদা চেংনা থিংজরখি। অসিগুম্বা সিদ্ধিসি জ্ঞানী অমনদি মপোক কয়াক্কী মতুংদা কংডী। মুক্তি যংনবা হোৎনবা জ্ঞানীশিংনা কর্ম্মকাণ্ডগী কর্ম্মীশিংদগী শরুক লীশীং লীশীং হেন্না কৈ অদুগা অসিগুম্বা জ্ঞানী লীশীং লীশীংগী মনুংদা অমগুম্বনা মপোক য়াম্না পোক্লবগী তুংদা মুক্তি কংডী। মুক্তিফংলবা জ্ঞানী লীশীংগী মনুংদা অমগুম্বনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থোঙ-থম্বাক্তা মপূক্নীং পুঙথিং থিং-জনবা য়াওয়ি; বাফমসি ভগবান্ মশামক্না গীতাদা হায়খিবনি (৭।১৯)। মহারাজ পরীক্ষিৎপু মহামনা হায়-রিবসি থোইদোক্না মতীক-চাবগী, বাহৈসিনা মহাকপু গীতানা হায়বা মহাত্মাশিংগী মরক্তা চল্লবনি। মতুংগী যুগদসু মথল অসিগী মহাত্মা য়াম্না থোক্লকখি, মথোয়সু কর্ম্মকাণ্ডনা তাকপা পুন্সি হুন্দোকখি অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্ কৃষ্ণদা অমতা ঙায়বা চঙজফম ওইনা চঙজখি। স্বয়ং কৃষ্ণমক ওইবা ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা মহাক্কী শিক্ষাষ্টকদা (৮) ঐখোয়দা অস্মুম্না তাকপিখি মদুদিঃ—

**আশ্লিষ্য বা পাদ-রতাং পিনষ্টু মাম্ অদর্শনান্ মর্ম্মহতাং করোতু বা।**
**যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো মৎপ্রাণনাথস্তু স এব নাপরঃ ॥**

"ভক্ত (নুপী) ময়াম্বু মুংশিবা কৃষ্ণ মহাক্না মপুংফানা কংলবা ঐহাকপু কোনগে কোনসনু নত্রগা মথোংনা নেৎকে নেৎসনু নৎত্রগা ঐগী মাঙদা মতম শাংনা শকউত্তদুনা ঐগী থম্মোহ কায়হনগে হায়বসু কায়হনসনু; অদুম ওইনমক মহাক ঐগী থবাইগী মবুংঙোনি, অতৈ নত্তে।"

শ্রীল রূপ গোস্বামীনা অস্তুম হায়খিঃ -

**বিরচয় ময়ি দণ্ডং দীনবন্ধো দয়ামীবা গতিরিহ ন ভবত্তঃ কাচিদণ্যা মমাস্তি।**
**নিপততু শত-কোটী নির্ভরং বা নবাম্বুঃ তদপি কিলপয়োদঃ স্তূয়তে চাতকেন।**

"হে তোল্লবগী মবুংঙো, ঐসিবু নঙনা তৌনীংবদা তৌবিয়ু, দয়া তৌগে তৌবিয়ু, দণ্ডি পীগে পীবিয়ু, অদুম ওইনমক জগৎসিদা নহাক নদনা চঙজফম অমতা লৈতে। নোংগোবীনা নোং মংলকপা হায়দুনা খুরুমদুনা লৈ, নোংদুনা মরীক ওইনা চুবক্কনি নৎত্রগা বজ্র থাদরক্কনি হায়বগী রাখল তৌরুবা লৈতে।"

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পবনগুরু শ্রীল মাধবেন্দ্র পুরীনা মথাগী থাহৈদা কর্ম্মকাণ্ডগী বিধি ময়াম থাদোকখি :—

**সন্ধ্যাবন্দনা ভদ্রমস্তু ভবতো ভোঃ স্নান তুভ্যং নমো।**
**ভো দেবাঃ পিতরশ্চ তর্পণবিধৌ নাহং ক্ষমঃ ক্ষম্যতাম্ ॥**
**যত্রক্কাপি নিষদ্য যাদবকুলোত্তমস্য কংস দ্বিষঃ।**
**স্মারং স্মারং অঘং হরামি তদলং মন্যে কিমন্যেন মে ॥**

"হে সন্ধ্যাবন্দনা, নঙগী অফবা ওইসনু, হে প্রাতঃস্নান, নঙবু বিদায় তৌজরে'। হে দেবশিং অমসুং ইপা ইপুশিং, ঐবু ঙাকপিয়ু, ঐহাক নখোয়বু পেনহন্নবা করিগুম্বা অমতা কংলরোই। হৌজিক ঐহাক যদু শাগৈগী মথোইবা, কংসগী য়েক্নবা (ভগবান্ কৃষ্ণবু) মফম খুদিংদা নীঙশিংলগা পাপ পুম্নমক্তগী কোক্লগে হায়না ঐ বারেপ্পে। মসিনা ঐগীদমক্তি ওক্নে। অদুনা অতৈমুক হোৎনরুবগী করি কান্নবা লৈ।"

শ্রীল মাধবেন্দ্র পুরীনা মথা তামা হাযখি :—

**মুগ্ধং মাংনিগদন্ত নীতিপুণা ভ্রান্তং মুহুর্বৈদিকাঃ**
**মন্দং বান্ধবসঞ্চয়া জড়ধিয়ং মুক্তাদরাঃ সোদরাঃ।**
**উন্মত্তং ধনিনো বিবেকচতুরাঃ কামম্ মহাদাম্ভিকম্।**
**মোক্তুং ন ক্ষমতে মনাগপি মনো গোবিন্দপাদস্পৃহাম্ ॥**

"নীতিশাস্ত্রদা হৈখিংলবা মীশুনা ঐবু ঙাওয়ে হায়রম্মু; মশুদা ঐ কন্নিমত্তা রারোদে। বৈদিক কাণ্ড খণ্ডরা মীশিংনা ঐবু লাম্না চৎলে হায়না থীনা ঙাঙনগে ঙাঙনমু, মরূপ মপাঙশিং অমসুং মরীমতাশিংনা আশা কায়শুনা বুদ্ধি চোইরবনি হায়না হাসজনমু, ইটিম্নাওশিংনা ঐবু অপঙবনি হায়গে হায়রমু, শেল পায়বা মীশিংনা ঐবু অঙাওবনি হায়গে হায়রমু, দর্শন-পণ্ডিতশিংনা ঐবু য়াম্না নাপন-চাউবনি হায়গে হায়রমু; অদু ওইনমক হৌজিকমক ঐন্না ঊমজরবমু শ্রীগোবিন্দগী খোঙ-থম্বাল সেবা তৌগে হায়না পুন্নীং লেপ্লিবসিদগী শম্না অমফাওবা হন্দোক্লীংদে।"

প্রহ্লাদ মহারাজনসু হায়খি :—

**ধর্মার্থকাম ইতি যোঽভিহিতাস্ত্রিবর্গ ঈক্ষাত্রয়ী-নয়দমৌ বিবিধা চ বার্ত্তা।**
**মন্যে তদেতদখিলং নিগমস্য সত্যং স্বাত্মার্পণং স্বসুহৃদঃ পরমস্য পুংসঃ॥**

"ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং ইন্দ্রিয় পেলহনবা মোক্ষ হায়বদি অরান-খুভম ফংনবগী ময়াম্না খঙনবা উপায় অত্তম্নি। মখোয়সিগী মনুংদা ঈক্ষাত্রয়ী অমসুং রাজনীতিগা অর্থনীতিগা হিংনবগী তোঙান তোঙানবা উপায়নি। ঈক্ষাত্রয়ীদি আত্মবিদ্যা, সকাম-কর্ম্মবিদ্যা অমসুং ন্যায় হায়বসিনি। মসি পুম্নমক বৈদিক শিক্ষাগী তোঙানবা বিষয়নি। মরমশুনা মখোয়সিবু মতম খরতগী ওইবা থবক্নি হায়না ঐনা লৌয়ি। অমবোমদা হায়রগা পরম পুরুষ শ্রীবিষ্ণুদা আত্মা সমর্পণ তৌবনা পুন্সিগী অতোংবা অমনি। মসিবু ঐনা চরম সত্যনি হায়না খল্লি" (ভাগবতম ৭।৬।২৬)।

বাক্য পুম্নসিবু ভগবদ্গীতাদা (২।৪১) ব্যবসায়াত্মিকা বুদ্ধি হায়বদি চোইদবা বুদ্ধি হায়না লৌয়ি। বৈষ্ণবাচার্য্য শ্রীবলদেব বিদ্যাভূষণ বাক্যমসিবু ভগবদর্চ্চনারূপৈকনিষ্কামকর্ম্মভির্বিশুদ্ধচিত্তঃ— হায়না বর্ণন তৌখি। মসিগী অর্থদি কর্ম্মফলগী আশা থাদোক্তুনা ভগবানবু সেবা তৌবনা মক্ত্রবা থম্মোই চেনবা হায়বনি।

মবমশুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্ কৃষ্ণগী খুয়া থম্বাল্দবু বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডগী পুন্সি ফিদম পুম্নমক থাদোক্তুনা নীংগদবনি হায়বসি চুম্মী।

শ্লোক ৫

**রাজোবাচ**

**সমীচীনং বচো ব্রহ্মন্ সর্ব্বজ্ঞস্য তবানঘ।**
**তমো বিশীর্য্যতে মহ্যং হরেঃ কথয়তঃ কথাম্ ॥৫॥**

রাজ উবাচ—নিংথৌনা হায়রম্মী; সমীচীনম্—চপ চানা চুম্মী, বচঃ—রা; ব্রহ্মন্—হে লাইরীক হৈবা ব্রাহ্মণ; সর্ব্বজ্ঞস্য—পুঙথঙ খঙবা; তব—নহাক্কী; অনঘ—মক্তবা; তমঃ—অমম্বা; বিশীর্য্যতে—অসুম অসুম মাঙখি; মহ্যম্—ঐঙোন্দা; হরেঃ—শ্রীহরিগী; কথয়তঃ—ঙাঙলিন্নৈদা; কথাম্—রা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রম্মী: হে লাইরীক হৈবা ব্রাহ্মণ, নহাক্তি পুঙথঙ খঙবনি অদুগা মক্তবা চবিতগী মীনি। মরমশুনা নঙনা ঙাঙলিবা রা পুম্না অচুম্বা ঙাক্নি। নঙনা ঙাঙলিবা রাশিংশুনা ঐগী খঙদবগী অমম্বা পুম্নমক অসুম অসুম মাঙহল্লে, মরমদি নহাক্না ভগবানগী রা ঙাক্না ঙাঙলি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎ মচামক্না থবক ওইনা খঙবশু মফমসিদা যোঙদোকলি মশুদি সংসারগী অপাম্বনা মোক্তবা মী অমগী মফমদগী পুকচেল-শেংবা ভক্তনা ফংবা মতমদা হরিকথাদি থমুং য়োনা ক্যাপশনবা হীদাকুম থবক তৌম্নি হায়বসি ফোঙদোকয়ি। অমরোমদা হায়রগা, শ্রীমদ্ভাগবতমগী কথাশিংশু শেন্দানবা

পাঠকশিংদগী কর্ম্মকাণ্ডগী কর্ম্মীশিংনা শ্রবণ তৌদুনা লৌবনদি মফমসিদা হায়রিবা অঙকপা ফল ওইদে। ভক্তিগা লোয়ননা ভগবান্‌গী বারী শ্রবণ তৌবদি অচম্বা বিষয় শ্রবণ তৌবগা মান্নদে; মরমদুনা বিশুদ্ধ শ্রোতানা মাগী অমকপা অসুম অসুম কোক্লকপগী ভাব অমা ফংবদু য়ারিবনি।

**যস্য দেবে পরা ভক্তির্যথা দেবে তথা গুরৌ।**
**তস্যৈতে কথিতা হি অর্থাঃ প্রকাশন্তে মহাত্মনঃ॥**

শেতাশ্বতর উপনিষৎ ৬।২৩

চাক্লাম্বা মী অমদা চানবা হায়দুনা মচীনজাক পীবা মতমদা অরাম্বা কোকপনে চাবগী মুংঙাইবনে অনীমক মতম অমতদা মীদুনা ফংঙী। মতৌ অসুম্না মহাক মশাবু পীজরবরা পীজদবরা হায়না হংদবা য়ারে। শ্রীমদ্‌ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী চানবী চাংয়েংবদি শ্রবণ তৌরুরগা মানা জ্ঞান ফংলবরা হায়বসিনা য়েংগদবনি।

শ্লোক ৬

**ভূয় এব বিবিৎসামি ভগবানাত্মমায়য়া।**
**যথেদং সৃজতে বিশ্বং দুর্বিভাব্যমধীশ্বরৈঃ॥৬॥**

ভূয়ঃ—অমুক হন্না; এব—সু; বিবিৎসামি—ঐ খঙনিংঙী; ভগবান্—ভগবান্‌না; আত্মমায়য়া—মাগী মায়া শক্তিনা; যথা—মওংদা; ইদম্—জগৎসি; সৃজতে—শেম্মী; বিশ্বম্—তাইবংপাল, দুর্বিভাব্যম্ খন্দুনা লাম্বা ফংঙমদ্রবা; অধীশ্বরৈঃ—দেবশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবতাশিংনফাওবা খনবদা থোক্তবা মওংদা লৈরিবা বিশ্ব জগৎসি পরমেশ্বরনা করম্না পুথোকখিগে হায়বদু ঐহাক নঙোন্দগী অমুক খঙজনিংঙী।

নৈনরোল

খঙনীংগন্দুনা থিজনবা মীতা খুদিংনা বিশ্বজগৎসি করম্না সৃষ্টি তৌরিবনো হায়বা ৱাসি হংজল্লী। মরমদুনা মহাক্কী গুরুদগী ভগবান্‌গী লীলা পুম্বা খঙবা তারম্বা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা মীগী মফমদদি হংলিবা ৱাদো থোইদোকপা অমা নৎলমদে। খঙদ্রিবা পোৎলম খুদিংমক অখঙবা মীদগী হংদুনা খঙনবা তৌগদবনি। সৃষ্টিগী ৱাযমসিবু চপ চানা খঙবা মীগী মফমদা হংফম থোকই। মরমদুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা শুকদেব গোস্বামীবু পুঙখঙ-খঙবা হায়বদি সর্ব্বজ্ঞ অমা গুরু ওইদোরিবা মীদুনা ওইদবা য়াদে। মতৌ অসুম ওইবনা শিষ্যনা খঙদবা ঈশ্বরগী তত্ত্ব পুম্নমক মতীকচাবা গুরুদগী হংগদবনি হায়বদো পরীক্ষিৎ মহারাজনা খুদম ওইনা উৎলী। অদুম ওইনমক শ্রীমদ্ভাগবতম্ হৌগৎলকপা মতাঙদা ঐখোয় লোইনমক্না খঙবগুম্না (জন্মাদ্যস্য যতঃ) ভগবান্‌গী শক্তিদগী ঐখোয়না উরিবা পোৎ খুদিংমক পোকপনি হায়বসি মহারাজ পরীক্ষিৎসু হান্নানা খঙলবনি। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা সৃষ্টিগী মতৌদো খঙনীংলম্মী, লৈশেম্মগী মরুদু মহারাজ পরীক্ষিৎনা খঙলম্মী, নৎত্রগদি ভগবান্‌না মাগী মথল-মথাগী শক্তি শীজন্নদুনা বিশ্বতাইবংসি করম্না শেম্মিবনো হায়বদু হংলম্লোইদবনি। সৃষ্টিসি সৃষ্টি তৌবা অমনা তৌখিবনি মথন্তনা ওইরকপা নত্তে হায়বা মীচমশিংসু খঙঙী। জগৎসিদা করিগুম্বা পোৎ অমতা মথন্তনা ওইরকপনি হায়বা ঐখোয়না উবা তাবা লৈতে। সৃষ্টি শক্তিসি মনীঙ তম্মী অদুগা মথন্তনা বিজুলি শক্তিনা থবক তৌই হায়না অপঙবা মীতাশিংনা হায়। অদুবু জ্ঞান লৈবা মীশিংনা লম অমদা থম্বা বিজুলি শঙদা অহৈবা ইঞ্জিনিয়র অমনা বিজুলি শক্তি থোকহনবনি হায়না হায়। অদুম তৌরগা বিজুলিদু থিন্দুনা লৈবা ইঞ্জিনিয়র অমনা মফম খুদিংদা য়েনথোকখিবনি। ভগবান্‌না সৃষ্টিগী মতাঙদা য়েংশনবসি ভগবদ্গীতাদা ফাওবা য়াওরি (৯।১০); মফমদুদা হায়রিবদি

প্রাকৃত শক্তিসি পরমেশ্বর ভগবান্গী অসিগুম্বা শক্তি ময়ামগী অমনি হায়বসিনি (পরাস্ত শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে)। ইলেক্ট্রোনিয়না মী য়াওদবগৈ তৌবা থবক ময়াম উরগা খঙদবা অঙাঙবচা অমনা ঙকপা য়াই, অদুদগী অমুকস্তু বিজুলি শক্তিগী অঙকপা থৌদো অতৈ উরগস্তু ঙকপা য়াই; অদুবু অখঙবা মী অমনদি থবকুগীদমক অহিংবা মী অমনা শক্তি পুথোকপনি হায়বসি খঙঙী। মতৌ অদুগুম্না দার্শনিক পণ্ডিতশিংনি হায়রিবা মীতাশিংনা বিশ্বসৃষ্টিগী মতাঙদা সৃষ্টিকর্তা অমতা য়াওদবমখৈ সৃষ্টি ওইবনি হায়দুনা নাতৈ চাদবা মতবাদ কয়া পুথোকচরক্লি, অদুবু জ্ঞান তাবা ভগবস্তক্ত অমনা ভগবদ্গীতা মৈনরগা খঙবদি বিজুলি-শঙদা ইঞ্জিনিয়র অমা থমদুনা বিজুলি পুথোকপগুম জগৎস্তু ভগবান্না সৃষ্টি তৌবনি হায়বসিনি। খিজিন-হৈবা মী অমনা পোৎ খুদিংগী থোরকফম অমস্তুং ওইরকপা ফল পুথোকই, অদুবু ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগুম্বা অচৌবা মরম থিনবশিং ফাওবা ভগবান্গী অঙকপা সৃষ্টি-শক্তি উবদা বিভোলা চুই, অদুনদি পোৎ মচা মচাগী রা নৈনবা মালেমগী পণ্ডিতশিংগী রাদি করি হায়রুগনি। বিশ্বজগৎনুংদা লোক মখল মখলদা লৈবা য়ানবা ফীভম মান্নদবনা অদুনা লোক অমনা লোক অতৈদগী হেনবা মরম্না তোঙান তোঙানবা লোকশিংদুদা লৈবা জীবশিংগী থোপশিংদুগী গুণশিংদুস্তু খেন্নৈ। ভগবদ্গীতাদা হায়বা ব্রহ্মাগী আয়ুদি মীওইবনা খনবদা য়ৌবা ঙমদবমখৈ শাংঙী, অদুম্না ব্রহ্মাগী থোপস্তু মর্ত্যলোকসিগী চাউরবা বৈজ্ঞানিক অমনা খনবদা থোক্তবা গুণ চেল্লী। অসিগুম্বা অরাঙবা থোপকী শক্তি চেল্লবা ব্রহ্মাজিনা মহাক্কী সংহিতা (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১) অদুদা মখাগীসুম্না বর্ণন তৌরি :—

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।**
**অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥**

"ভগবান্গী গুণচেন্বা মী য়াম্না লৈ, অদুবু কৃষ্ণনা পুঙথোই-থোইবনি, মরমদি কনামতনা মাবু হেন্বা ঙমদে। মহাক পরম পুরুষনি, মহাক্কী বিগ্রহদি (হকচাঙদি), সৎনি (মতম পুম্বগীনি) চিৎনি (জ্ঞানগীনি), আনন্দনি (নুংঙাইবনি)। মহাক অনাদি (মঙোন্দগী হান্বা লৈতবা) অমসুং আদি (ইহানহান্বা) গোবিন্দনি অমসুং থোরকফম পুম্বগী থোরকফম্নি।"

ব্রহ্মানা ভগবান্ কৃষ্ণবু থোরকফম লোইনমক্কী থোরকফম পুঙথোই থোইবনি হায়রি। অদুবু মর্ত্ত্যলোকসিগী থোপ মচা পিখক্কী মীতাশিংনা ভগবানবু মখোয়গুম্বা মীচম অমনি হায়না খল্লী। মতৌ অসুম্না ভগবদ্গীতাদা মহাক্না (ভগবান্ কৃষ্ণনা) পুঙস্থিল্লি হায়বা ভগবান্না হায়বা মতমদা মায়াবাদীশিংনা অমসুং মর্ত্ত্যগী মীরমশিংনা মহাকপু (ভগবানবু) উৎসিত্তনা হায়; অদুনা ভগবান্না মখোয়গীদমক নুংঙাইবিদনা হায়খিঃ—

**অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনুম্ আশ্রিতম্।**
**পরং ভাবম্ অজানন্তো মম ভূত মহেশ্বরম্॥**

"মীওইবগী হকচাঙ লৌদুনা লাকপগীদমক খঙদবশিংনা ঐবু উৎসিত্তে। ঐগী দিব্য ভাব অসিবু অমসুং লৈরিবা পুম্নমক্কী মপু ওইবসি মখোয়না খঙদে (ভগবদ্গীতা ৯।১১)। ব্রহ্ম অমসুং শিব অনীসি (অতৈ দেবতাশিংগী রাদি কররিবু হায়রুগনি) ভূতনি হায়বদি সৃষ্টিগী মপাঙ্গল কন্বা জীবনি, মখোয়সিনা নিংথৌনা হাপ্না মন্ত্রীশিংনা তৌবগুম্না বিশ্বজগৎকী থবক পুরিবনি। মন্ত্রীশিংদু ঈশ্বর (মপু) ওইবা য়াই, অদুবু পরংব্রহ্ম ভগবান্না মহেশ্বরনি হায়বদি ঈশ্বরশিংগীস্তু সৃষ্টিকর্ত্তানি। জ্ঞান-রাৎপা মীতাশিংনা রাসি খঙদে, অদুনা থৌনা ফরেমখৈ ভগবান্ মাবু উৎসিত্তে মরমদি ভগবান্দুনা মাগী মশাগী ওইজবগী নত্তবা কৃপানা মরক মরক্তা ঐথোয়গী মাঙদা মী ওইনা চোংথোরকয়ি। ভগবান্দি মীওইবগুম্বা অমা নত্তে। মহাক্তি সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহনি অদুনা মাগী আত্মাগা দেহগা অনীদু খেন্নদে। মহাক্তি শক্তি অমসুং শক্তিমান অনীমক্তি।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বৃন্দাবন-লীলাশিংদুগী বারী লীবিয়ু হায়জখিদে; মহাত্মা অহান্বদা ভগবান্ সৃষ্টি তৌবগী মরমদা শ্রবণ তৌনীংখি। শুকদেব গোস্বামীনসু নিংথৌ পরীক্ষিৎনা ভগবান্গী সাক্ষাৎ দিব্যলীলাশিংদুগী মরমদা শ্রবণ তৌবা চুম্মী হায়নসু হায়খিদে। মতম য়াম্না তেল্লবনি, অদুনদি শুকদেব গোস্বামীনসু থবক শমজন্বা য়াননবা দশম স্কন্ধদু হেক্তা পায়খৎপা য়ারম্বা জাৎনি শেন্দান্বা পাঠকশিংনা তৌবগুম্না। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎনসু অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মহান্ বক্তাদুনসু ভাগবতকীদমক শীল্লাংবা মীতাশিংদোনা ফন হেক্তা চোংথৎলমদে; মখোয়নীমক নিয়ম নাইনা চৎথরম্মী, মরমদি অদুম তৌরগা তুংগী বক্তা অমসুং শ্রোতাশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ তৌবগী নিয়মদুগী খুদমদু তমজহৌসনু হায়বগীনি। ভগবান্গী বহিরঙ্গ (মপান্গী) শক্তিগী মখা পোনবা জীবশিংনা ইহানহান্বদা খঙগদবদি ভগবান্গী বহিরঙ্গ শক্তিদুনা ভগবান্গী পাৎমেল মতুঙ ইন্না করম্না চৎথবগে হায়বদুনি; অদুগী তুংদা মহাক্কী অন্তরঙ্গ (মনুঙগী) শক্তিনা তৌবা থবকশিংদুদা চঙননবা হোৎনবা য়াই। সংসারীশিংদি অয়াম্বনা দুর্গাদেবী হায়বী শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গ শক্তি অসিবু লাৎপা ঙাক্তনি; মখোয়না দুর্গাদেবীবু ভগবান্গী মমি ওইবী শক্তিনি হায়বসি খঙদে। প্রকৃতিনা তৌরিবা থবক্কী অঙকপা কৃমৈসি থোকহন্বদি ভগবান্গী য়াথংননি হায়বা রাসি ভগবদ্গীতাদা হায়রিবনি (৯।১০)। দুর্গা-শক্তিনা গোবিন্দগী য়াথং মতুং ইন্না থবক তৌরি হায়বসিসু ব্রহ্মসংহিতানসু হায়বি; মহাক্কী য়াথং নত্তনা দুর্গাশক্তিনা শম্না অমফাওবা লেঙবা ঙমদে। মরমসিনা সাধক ভক্তশিংনা ভগবান্গী অন্তরঙ্গ শক্তিনা উৎলিবা দিব্যলীলাগী ফম্পাক্তা পাক হেক চোংশনবগী মতুত্তা ভগবান্গী সৃষ্টিশক্তিগী থৌদৌগী মরমদা থিজল্লগা পরমেশ্বর ভগবান্সে কয়ামুক চাউবনো হায়বদু খঙনবা তৌবনা হেন্না ফৈ। ভগবান্গী সৃষ্টি শক্তিগী মতাঙদা মাগী খুৎলীনগী রাদু শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদসু য়াওরি; চৈতন্যচরিতামৃতগী গ্রন্থকর্তানসু শ্রীকৃষ্ণ কয়ামুক মহান ওইবগে রাদু থৌশাদবা তৌগদবা নত্তে হায়দগী চেকশল্লু হায়রম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী মাহাত্ম্য খঙলবা মতমদদা মাবু চিংনবা লৈতবমখৈ থাজবা ঙমগদবনি; নৎত্রগদি, মীচম অমগুম্বা লুচিংবশিংনসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু দেবতাশিংগুম্বা অমনি নৎত্রগা ঐতিহাসিক ব্যক্তি অমনি নৎত্রগা রাশেমগী চবিত্র অমগুম্বনি হায়না শেবান্নবা লৌগনি। বৃন্দাবনদা নৎত্রগা দ্বারকাদা শান্নখিবা শ্রীকৃষ্ণগী দিব্যলীলাশিংদু ভক্তিগী লোন্চৎ খঙলবা মীতাশিংগী মফমদা আস্বাদন তৌনভায়নি; অদুগা মীমেশিংগীদি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতৌগুম্না ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধাগা লোয়নননা হংজল্লগা অসুম মথঙ মথঙ কাখৎলবপা ঙমগদবনি।

শ্লোক ৭

যথা গোপায়তি বিভুর্যথা সংযচ্ছতে পুনঃ।
যাং যাং শক্তিমুপাশ্রিত্য পুরুশক্তিঃ পরঃ পুমান্।
আত্মানং ক্রীড়য়ন্ ক্রীড়ন্ করোতি বিকরোতি চ ॥৭॥

যথা— গুম্না; গোপায়তি— যোকথি; বিভুঃ—পুঙশন্-শম্না লৈবা বিফুনা; যথা—গুম্না; সংযচ্ছতে —থুগ্গী; পুনঃ —অমুক; যাম্ যাম্—মদু; শক্তিম্—শক্তিবু; উপাশ্রিত্য— লৌদুনা; পুরুশক্তিঃ—শক্তি য়াম্নাচেন্বা; পরঃ— মকোক; পুমান্—পুরুষ; আত্মানম্—ব্রহ্মানচিংবা শকলৌরিবা; ক্রীড়য়ন্—শান্নহন্দুনা; ক্রীড়ন্—শান্নদুনা; করোতি—তৌয়ি; বিকরোতি —তৌহল্লী; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

শক্তিপুন্সগী মপু ওইরিবা পরম পুরুষ অদুনা শান্ননীংদুনা বিশ্বজগৎসিবু পালন (ঙাকশেনবা) অমদি প্রলয় (লোইশনবা) তৌবদা মহাক্কী শক্তি ময়াম অমসুং অবতার ময়াম্ব করম্না শীজন্নবগে হায়বদু চান্বিদুনা লীবিয়ু।

## নৈনরোল

কঠ উপনিষৎতা (২।২।১৩) পরম পুরুষ ভগবান্না নিত্য ওইবা পূম্নমক্কী মনূঙদা নিত্য ওইবা মকোক্লি (নিত্যো নিত্যানাম্ চেতনশ্চেতনানাম্) হায়না অমস্তুং শীঙ-নাইদবা জীব ময়াম্বু পালন তৌরিবা পরম পুরুষ অদুনি (একো বহূনাং যোবিদধাতি কামান্) হায়না বর্ণন তৌরি। মরমদুনা মায়াবদ্ধ ওইবা অমস্তুং মুক্ত ওইবা জীব পূম্নমকপু সর্বশক্তিমান্ পরম ভগবান্না পালন তৌয়ি। পালন তৌরিবসি মাগী অবতার ময়াম্না থোঙ ওইরগা অমস্তুং অথোইবা শক্তিশিং হায়বদি অন্তরঙ্গ (মনুঙগী ওইবা), বহিরঙ্গ (পাণগী ওইবা), অমস্তুং তটস্থা শক্তি শীজন্নদুনা তৌরিবনি। জীবশিংসি মহাক্কী তটস্থা শক্তিনি; মখোয়দুগী মরক্তা থরদা ভগবান্না সৃষ্টিগী থবক তৌ হায়না শিন্নে, মখোয়দুদি ব্রহ্মা, মরীচিনচিংবনি। মখোয়বু সৃষ্টিগী থবক পায়থংনবা শীজন্নে (তেনে ব্রহ্ম হৃদা)। বহিরঙ্গ শক্তিগী (মায়াগী) গর্ভদা জীব ময়াম হায়বদি মায়াবদ্ধ জীবশিংসি হান্জল্লি। মায়াবদ্ধ-নত্তবা তটস্থা শক্তিনা চিন্ময় রাজ্যদা থবক তৌয়ি; অদুগা ভগবান্না মখোয়বু মাগী অবতার ময়াম শীজন্নদুনা বৈকুণ্ঠ আকাশদা উৎলিবা মথেল মথেলগী প্রাকৃত-নত্তবা সম্বন্ধ থমদুনা পালন তৌয়ি। মতৌ অশূম্না অমতা ঙায়বা পরমেশ্বর ভগবান্না মশাবু ময়াম ওইনা ফোঙদোকয়ি (বহু স্যাম্); অদুনা খেন্নবা মথেল ময়ামসি মহাক্কী মনূঙদগী অমস্তুং মহাকস্তু ময়ামসিগী মনূঙদা লৈ, তৌবগীদি মহাকমক্তি মখোয় পূম্নমকসিদগী তোঙাল্লী। মদুনি রাখন্না লাম্ব-ফংদবা ভগবান্গী যৌগিক শক্তি হায়বদো। মরমদুনা পোৎ খুদিংমক ভগবান্গা মতম অমতদা খেন্নবা-খেন্নে অদুগা অমতস্তু ওই হায়বদো, মসি ওইরিবসি মহাক্কী অচিন্ত্য (রাখন্না লাম্বা-ফংদবা) [অচিন্ত্য ভেদাভেদ (ভেদ-অভেদ) তত্ত্ব] শক্তিননি।

### শ্লোক ৮

**নূনং ভগবতো ব্রহ্মন্ হরেরদ্ভুতকর্ম্মণঃ।**
**দুর্বিভাব্যমিবাভাতি কবিভিশ্চাপি চেষ্টিতম্ ॥৮॥**

নূনম্—রাৎতুনদা লৈ; ভগবতঃ—পরমেশ্বর ভগবান্গী; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ; হরেঃ—শ্রীহরিগী; অদ্ভুতকর্ম্মণঃ—অঙকপা থবক তৌবা মহাক্কী; দুর্বিভাব্যম—রাখন্না লাম্বা ফংদবা; ইব—গুম্না; আভাতি—ঙাল্লী; কবিভিঃ—কবিশিংনা (লাইরিক-হৈবশিংনা) চ—স্তু; অপি—অদুম ওইনমক; চেষ্টিতম্—থবক।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে লাইরীক হৈবা ব্রাহ্মণ, ভগবান্গী দিব্য-লীলাশিংদি অঙকপা ঙাক্লি, লীলাশিংদু রাখন্না লাম্বা ফংদবা ঙাক্লি মরমদি লাইরিক হৈরবা কবিশিং ময়াম্না লীলাশিংদুবু খঙননবা হোৎনবদা হোৎনবনা রাৎতুনদা লৈ।

## নৈনরোল

ঐখোয়গী বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিনা সৃষ্টি তৌবদা ভগবান্না তৌবা থবকশিংদো রাখন্না লাম্ব-ফংদবমখৈ ঙরুঙায়নি। ব্রহ্মাণ্ড লৈরিবা ময়ামগী মশীঙদি থীবা ঙমদবমখৈ লৈ; মখোয় লোইনমক পুল্লপ ওইনা সৃষ্টি তৌরবা প্রাকৃত জগৎ হায়না খঙনৈ। মহাক্কী সৃষ্টিগী শরুক অসিমদি সৃষ্টি মপূমগী শরুক মচেৎ অমতনি। প্রাকৃত জগৎস্তু মাগী শরুক অমতনি (একাংশেন স্থিতো জগৎ)। মহাক্কী শক্তিগী শরুক মরি থোকপগী অমনা প্রাকৃত জগৎসে ওইরবনি হায়না লৌরসি, অদু ওইরবদি লৈহৌরিবা শরুক অদুমদুনা ভগবদ্গীতাদা হায়রিবা 'মদ্ধাম' (ঐগী হায়বদি ভগবান্গী ধাম) নত্রগা সনাতন ধাম হায়বদি নিত্য জগৎ অদুনি। মম্নাঙগী শ্লোক অদুদা ঐখোয়না থেংনখিবদি মহাক্না সৃষ্টি তৌরগা অমুক প্রলয় তৌই হায়বসিনি।

হায়রিবা থবকসি প্রাকৃত জগৎকী রানি, মরমদি মাগী সৃষ্টিগী অচৌবা শক্তি হায়বদি বৈকুণ্ঠ জগৎ সৃষ্টি তৌরগা প্রলয় তৌদে। নত্রগদি বৈকুণ্ঠ ধাম অসিবু সনাতন হায়বদি নিত্যনি হায়বা য়ারম্নোইদৌবনি। ভগবান্সি মাগী ধামগা লোয়ননা লৈ; মাগী নিত্য নাম, গুণ, লীলা, পরিকর অমসুং মশামক লোয়নমক্তি মহাক্কী তোঙান তোঙানবা শক্তি অমসুং প্রকাশনা (শকফোঙ) উৎপা ঙাক্কনি। ভগবান্বু অনাদি কৌই হায়বদি মাবু শেম্বা কনামতা লৈতে; মাবু আদি হায়বদি লোইনমক্কী থোরককম (কারণ) কৌয়ি। ঐথোয়গী মপুঙ ফাদবা রাখন্দা ভগবান্সু সৃষ্টি হায়বদি শাবা পোৎ অমনি হায়না থম্লি, অদুবু বেদাস্তনা তাকপদি মহাক সৃষ্টি নত্তে। মদুগী মহুত্তা, মহাক্কা পোৎ অতৈ পুম্নমক শাবনি (নারায়ণঃ পরোঽব্যক্তাৎ)। মরমসিনা রাফম ময়ামসি মীচমদদি য়াম্না ঙকুঙাই ঙাক্কনি। অচৌবা কবিশিংগী রাখন্নফাওবা লাম্ব-ফংদবনি, মরমদুনা মথোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনবগী মতবাদ ঙাক্কা থোরক্লিবনি। ঐথোয়না লৈরিবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি ভগবান্গী সৃষ্টিগীদি করিস্সু লৈতবা শক্কক মচেৎ অমতনি; মসিগী ফাওবা হায়বদি মসি কয়া পাক-চাউই অদুগা নক্ষত্র কয়া য়াম্না লৈ, গ্রহলোক কয়া য়াম্না লৈ হায়বা অদুগা লোকশিংগী ফীভম করম তৌই হায়বনচিংবা রারোল মথোয় মপুঙ ফানা খঙদে। আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংসু রারোল ময়ামসিগী খঙিক্তমক খঙঙী। মথোয় থরনা হায়বদি আকাশদা চাইদুনা লৈরিবা গ্রহলোশিংগী মশিংদি কোটি তরানি হায়। মস্কোদগী তাং ২।২১।৬০ শন্দোক্লকপা পাউ অমনা মথাগী রাসি পীরকয়ি:

"বিচারবুদ্ধি লৈবা জীবশিংনা থুন্দাবা গ্রহলোকশিং মশীঙ-খীঙমদবমথৈ ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈ হায়না রুসিয়াগী ফাওরবা জ্যোতিষ অধ্যাপক বোরিস. বোরোণ্ট.সোন-বেলিয়ামিনোব-না হায়খি।"

"পৃথিবীগী জীবশিংগা মান্নবা থরাই পানবা পোৎ হায়বিবা লোকশিংসিদা লৈরম্বা য়াই।"

"রসায়নশাস্ত্রগী ডাঃ নিকোলায় ভিরোবনা গ্রহ অতৈগী বায়ুমণ্ডলগী রা নৈনবগা উৎথি মদুদি-মঙ্গলগ্রহ জীবনা হকচাঙগী তাপ (মৈশা) অনেম্বা ওইরবদি য়াম্না নীংথিনা লৈবা ঙম্মী।"

"মঙ্গল গ্রহগী বাযুমণ্ডলগী গ্যাসনা বায়ুমণ্ডলদুদা হৈনরবা জীবশিং থরাইদু ঙাকশেনবদা চুনৈ হায়না মহাক্লাহায়রম্মী।"

গ্রহলোক মখল মথেলগা জীবগা চুশন্নবসি ব্রহ্মসংহিতাদা বিভূতি-ভিন্নম্ হায়না বর্ণন তৌরি মতুদি ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা শীঙনাইদবা গ্রহলোকশিংগী থুদিংমক থোইদোকপা বায়ুমণ্ডল চেনবা ঙাক্লি, অদুগা মফমশিংগী বায়ুমণ্ডলশিংনা হেন্না ফবনিনা মফমশিংদুদা লৈবা জীবশিংদি বিজ্ঞান অমসুং মনস্তত্ত্বগী মায়কৈদা হেন্না খঙজল্লী। বিভূতি-গী অর্থদি 'থোইদোকপা শক্তি' হায়বনি অদুগা ভিন্নম্গী অর্থনা মখল মথেলগী হায়বনি। মহাকাশ পুথোক্লবা হোৎনরিবা অদুগা মেছিনগী পাঙ্গেনা অতৈ গ্রহলোকশিংদা য়োনবা হোৎনরিবা বৈজ্ঞানিকশিংনা খঙদবা য়াদবদি পৃথিবীগী বায়ুমণ্ডল-দা হৈনরবা জীবশিংনা অতৈ গ্রহশিংগী বায়ুমণ্ডলদা লৈবা ঙমদে (*Easy Journey to Other planets*)। মরমসিনা ভগবদ্গীতানা হায়বগুম্না (৯।২৫) কনাগুম্বনা অতোপ্পা গ্রহলোক অমদা চৎকে হায়রবদি মহাক্কী হৌড়িক দেহদু হুন্দোক্ত্রবদি য়ারোইঃ—

**যান্তি দেবব্রতা দেবান্ পিতৃন্ যান্তি পিতৃব্রতাঃ।**
**ভূতানি যান্তি ভূতেজ্যা যান্তি মদ্যাজিনোঽপি মাম্॥**

"দেবশিংবু নীঙবা মীনা দেবশিংগী মরক্তা পোক্লগনি, ভূতপ্রেত লাৎপা মীশিংনা ভূত-প্রেত মরক্তা পোক্লগনি অদুগা ঐবু লাৎপা মীশিংনা ঐগা লৈমিন্নগনি।"

ভগবান্গী সৃষ্টি শক্তিগী থবকশিংগী মরমদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রিবা উক্তিদুনা তাকপদি মহাক সৃষ্টি তত্ত্বসি খঙঙী হায়বসিনি। অদু ওইরবদি করিগীদমক মহাক্লা অসিগুম্বা রাফমদু তাকপিন্নু হায়না

শুকদেব গোস্বামীদা হন্জংলম্লিবনো ? মহারাজ পরীক্ষিৎ অচৌবা নিংথৌরেন ওইবনে, অদুগা পাণ্ডবশিংগী বংশধর ওইবনে অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইবনে জগৎ সৃষ্টিগী বা ফনা নীঙথিনা খঙলম্মী, অদুবু মানা খঙবা অদুনা ওক্রমদে। মরমদুনা, করিশিংনফাওবা য়াম্না কন্না হোৎনরুরফাওবদা সৃষ্টিগী মরমদা খঙবা রাঙলম্মী হায়না মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রম্বনি। ভগবান্দি অসীম-নি (ঙমখৈ নাইদবনি) অদুগা মাগী লীলাশিংগী মরমসু খঙবদা অৱাবা পোৎনি। ঙমখৈ-নাইবা জ্ঞানগী অমসুং মপুঙ ফাদবা ইন্দ্রিয়গী কনাগুম্বা জীবনা করিহায়নি ব্রহ্মাণ্ডসিদা খ্বাইদগী ৱাংবা অমসুং মপুঙফাবা জীব ব্রহ্মাজী কাওবনা অসীম (ঙমখৈ-নাইদবা) অসিগী মরমদা খঙজী হায়না ভাব নথাওবা শাগৎপা ঙমদে। অসীমসিগী মরমদ। অসীম ওইবা মহাক্না হায়রগদদা ঐথোয়না খরদং খঙবা ঙমগনি; অসীম ওইবা মানা তাকপা হায়বসি ভগবদ্গীতাদা মহাক্না তাক্লিবসিগুম্ববুনি। অদুগা মাগী মরমসি শুকদেব গোস্বামীগুম্বা সিদ্ধ পুরুষশিংগী মফমদগী খরদং খঙবা ঙম্মী। ভগবান্গী মরমসি শুকদেব গোস্বামীনা ব্যাসদেবদগী তম্বনি অদুগা ব্যাসদেবনা নারদ মুনিদগী তম্বনি। অদুনা মপুঙ-ওইবা তত্ত্বজ্ঞান্ অসি গুরুশিষ্য পরম্পরা নাইনা মথঙ মথঙ তাক্লুরগা খঙবা যাবা পোৎনি, কনাগুম্বনা অরিবা খঙদে অনৌবা খঙদে চাংয়েং মখল অমনা তৌরগা য়েংবনদি মপুঙ ফামা খঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।

শ্লোক ৯

**যথা গুণাংস্তু প্রকৃতের্যুগপৎ ক্রমশোঽপি বা।**
**বিভর্ত্তি ভূরিশস্ত্বেকঃ কুর্ব্বন্ কর্ম্মাণি জন্মভিঃ ॥৯॥**

যথা– ওইবগুম্না; গুণান্––গুণশিং, তু––অদুবু; প্রকৃতেঃ– প্রকৃতিগী; যুগপৎ মতম অমতদা; ক্রমশঃ মথঙ মথঙ; অপি –সু; বা নত্রগা, বিভর্ত্তি– য়োকয়ি, ভূরিশঃ মং মযাম, তু- অদুবু, একঃ – অমতা; কুর্ব্বন্ - তৌদুনা. কর্ম্মাণি––থবক মযাম; জন্মভিঃ—পোক্‌না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরম পুরুষ ভগবান্ মতোমতনা প্রকৃতিগী গুণশিংগা লোয়ননা থবক তৌরবসু নৎত্রগা মতম অমতদা মূর্ত্তি মযাম ওইববসু নৎত্রগা মথঙ মথঙ ওইনা প্রকৃতিগী গুণশিংবু থবক তৌহন্নবা অবতার তৌরবসু মহাক হায়বদুদি অমতনি।

শ্লোক ১০

**বিচিকিৎসিতমেতন্মে ব্রবীতু ভগবান্ যথা।**
**শাব্দে ব্রহ্মণি নিষ্ণাতঃ পরস্মিংশ্চ ভবান্ খলু ॥১০॥**

বিচিকিৎসিতম্– চিংনবা, এতৎ––অসি, মে ––ঐগী; ব্রবীতু কোকহন্বিযু, ভগবান্—ভগবান্‌গুম্ শক্তি-চেন্‌বা; যথা– গুম্না; শাব্দে—দিবা শব্দ, ব্রহ্মণি – বেদদা; নিষ্ণাতঃ চঙলবা, পরস্মিন্ পুঙথোই-থোইবা; চ– সু, ভবান্—অদোম, খলু—এওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষয় ময়ামসিদা ঐগী চিংনবা লৈ। মবমদুনা অদোম্না চানবিদুনা তত্ব পূম্নমক অদো তাকপীযু। অদোমদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনি মরমদুনা অদোম শব্দব্রহ্মবেদ হৈরবনি অমসুং পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী তত্বসু খঙলবনি।

## নৈনরোল

ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি মত্থুদি পরতত্ত্ব গোবিন্দ ভগবান্দি অদ্বয় তত্ত্ব ওইরবসু মতোন্দগী মশীঙ লাক-ঙমদবমথৈ বিলাস-প্রকাশ য়াম্না থোকই; বিলাস-প্রকাশশিংনসি অমমা অমদগী থেন্নদে। শ্রীগোবিন্দ আদি পুরুষ ওইরবসু মহাক অত্থুম মতম পুম্বদা কিশোর হায়বদি চহী ১৫।১৬ কী রয়সগী কীভমদা লৈ। বেদ শাস্ত্র হৈরংগদা মাবু খঙবা ঙাই, অত্থুবু মহাকী শুদ্ধ ভক্তশিংনদি য়াম্না লায়না মাবু উপলব্ধি তৌয়ি।

ভগবান্দগী থোরকপা প্রকাশশিংসি অসুম্না ওই, মত্থুদি কৃষ্ণদগী বলদেব, বলদেবদগী সঙ্কর্ষণ, সঙ্কর্ষণ-দগী বাসুদেব, বাসুদেবদগী অনিরুদ্ধ, অনিরুদ্ধ-দগী প্রদ্যুম্ন, অত্থুদগী অমুক অনীশুবা সঙ্কর্ষণ, সঙ্কর্ষণ অসিদগী নারায়ণ পুরুষাবতারশিংনচিংবা শীঙলাকঙমদবা ইথকশিংনা তৎতনা চেম্বরগুম্বনি হায়না চাংদম্নবা য়াই। প্রকাশশিং অসি অমতনি অমনা অমদগী থেন্নদে। মখোয়সি শক্তি মান্নবা থাওমৈ অমনা অমম্ব চমখৎ-পগুম্না ঙানবনি। মত্থুনি ভগবান্গী দিব্য শক্তি হায়বত্থু। বেদনা হায় মত্থুদি মহাকসি কয়ামুক পূর্ণ (মপুঙফাবা) ওইবগে হায়ববু মতোন্দগী মাগুম্বা মপুম অমা থোকখ্রবসু মহাক মপুম ওইনা অত্থুম লৈহৌয়ি (পূর্ণস্য পূর্ণম্ আদায় পূর্ণম এবাবশিষ্যতে)। মরমসিনা মনোধর্মীশিংনা ভগবান্বু প্রাকৃত ওইনা খনবত্থু চৎনবা য়াবা ঙা নত্তে। কনাগুম্বনা বেদশাস্ত্র য়াম্না পাকশন্না হৈরবসু মখোয়গুম্বা প্রাকৃত পণ্ডিতশিংগী মফমদদি ভগবানসে অত্থুম অথূপ্পা পোৎ (রহস্য) অমা ওইত্থুনা লৈ। বেদেষু দুর্লভম্ অদুর্লভম্ আত্ম-ভক্তৌ। মরমসিনা ভগবান্দি প্রাকৃত পণ্ডিতশিং, দার্শনিকশিং অমসুং বৈজ্ঞানিকশিংগী ঙাখন্না লাম্বা ফংদবা অমা ওইনা লৈ। মহাকপু মাগী শুদ্ধভক্তশিংনদি ইলায়-লায়না খঙঙী, মরমদি ভগবদ্গীতাদা হায়খি (১৮।৫৪) মত্থুদি জ্ঞান-গী মতাঙ লাম্বোক্লগা জ্ঞানী অমনা ভগবান্বু ভক্তি সেবা তৌরবা মতুঙদদা ভগবান্বু খঙবা ঙম্মী। ভক্তিদবু চঙম্নবদি কনামতনা ভগবান্বু নৎত্রগা মাগী পবিত্র নাম, রূপ, গুণ, লীলানচিংবা করম তৌবগে হায়বত্থু ঙাখন্না শেংনা লাম্বা ফংদে। ভগবদ্গীতানা হায়বা ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লুনা মতোন্দদা চংজো হায়বত্থুগী অর্থদি মীত্থুনা মহাকী শুদ্ধ ভক্ত ওইগদবনি হায়বনি। মতম অত্থুদদা মাগী ভক্তিগী মপান্না ভগবান্বু খঙবা ঙমগনি।

মমাঙগী শ্লোক অত্থুদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্দি লাইরীক য়াম্না হৈরবা পণ্ডিতশিংগী ঙাখন্না-ফাওবা লাম্ব-ফংদে হায়বসি য়াগ্রবনি। অত্থুগদি মহাক্না করিগীদমক ভগবান্গী মরমদা খঙবা ঙাংলি হায়ত্থুনা শুকদেব গোস্বামীদা খরা শেংনা তাকপিয়ু হায়না হায়জরম্লিবা? মত্থুগী মরম শেংনা খঙবা ঙম্মী। শুকদেব গোস্বামীত্থু বেদশাস্ত্র য়াম্না হৈবতা নত্তনা মহাক আত্মা উপলব্ধি তৌরবা মী অমসু ওইরম্মী, অত্থুগীসু মথক্তা ভগবান্গী শক্তি-চেনবা ভক্ত অমসু ওইরম্মী। ভগবান্গী শক্তি চেনবা ভক্তদি ভগবান্গী কৃপাদগী ভগবান্দগীসু হেন্নী। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রনা লঙ্কাদ্বীপ য়োৌনা লেঙবগীদমক ভারত মহাসাগরদা থোঙ শাননবা হোৎনখি, অত্থুবু ভগবান্গী শুদ্ধভক্ত শ্রীহনুমানজিদি সমুদ্রগী মথক্তা চোংবদনা লাম্বোকপা ঙমখি। ভগবান্না মহাকী ভক্তবু কয়ামুক মুংশিবিবগে হায়ববু মনাই ভক্তবু মশামক্তগী হেন্না শক্তিচেনবা ওইনা ময়ামদা উৎপীখি। ভগবান্না দুর্বাসা মুনিবু রক্ষা তৌবা ঙম্লোই হায়খি, তৌবগীদি মুনিত্থু কয়ামুক শক্তি-শালী ওইরম্বগে হায়ববু প্রাকৃত অবস্থাদা মুনিনা ভগবান্গী নাক চুমজিংনা য়োৌবা ঙম্বা ঙাৎনি। অত্থুবু ভগবান্গী ভক্ত মহারাজ অম্বরীষনা দুর্বাসা মুনিবু রক্ষা তৌখি। মরমসিনা ভগবান্গী ভক্তদি ভগবান্দগী হেন্না শক্তি-চেনবদা নত্তনা ভক্তবু পূজা তৌবনা ভগবান্বু তৌবদগী ফল লৈবা হেন্নী হায়না লৌনৈ (মদ্ভক্তপূজাভ্যধিকা)।

ঙাফমসিদগী লৌগদবা পোলোইদি অসিনি মত্থুদি থম্নাই য়াওবা ভক্ত অমনা ইহান হানবদা বেদ শাস্ত্র হৈবদা নত্তবা অত্থুগা ভগবান্গী ভক্ত অমা ওইত্থুনা ভগবান্বু অমসুং মহাকী নানা শক্তিবু উপলব্ধি তৌরবা মী অমবু দীক্ষা গুরু ওইনা লৌরগা মাগী আশ্রয় লৌগদবনি। অসিগুম্বা ভক্ত গুরু অমগী মতেঙ নত্তনা

ভগবান্‌গী তত্ত্ব খঙনবা থুম্বাঙ চাউশল্লবা য়ারোই। শুকদেব গোস্বামীগুম্বা শুদ্ধ গুরুনা ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গ শক্তিগী মতাঙদা ভগবান্‌গী বা ওঙবদা নত্তনা মহাক্কী বহিরঙ্গ শক্তিশিংগী করম্না লোয়নবগে হায়বদুসু ব্যাখ্যা তৌবা ওগ্নী।

ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গ শক্তিগী লীলাশিংদদি বৃন্দাবন-দা মহাক্না তৌখিবা থবক্তা উৎলি, অদুগা মহাক্কী বহিরঙ্গ শক্তিগী থবকশিংনা মাগী কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণু, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুগী স্বরূপ-তা পাঙথোকয়ি। শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা থরাই-য়াওবা বৈষ্ণবশিংদা হায়, মদুদি মখোয়না (রাসলীলাগুম্বা) ভগবান্‌গী লীলাদমক্তা শ্রবণ তৌরগদা তোক্কদবা নত্তে, মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ফীদম-নঙাই ওইবা শিষ্যগী অমসুং শুকদেব গোস্বামীগুম্বা ফীদম্নযম গুরুগী থুদুং ইন্দুনা সৃষ্টি তত্ত্বগী মতাঙদা ভগবান্‌গী পুরুষ-অবতারশিংগী স্বরূপ্তা শায়খিবা লীলাশিংদসু থরাই য়াম্না য়াওশনগদবনি।

শ্লোক ১১

**সূত উবাচ**

**ইত্যুপামন্ত্রিতো রাজ্ঞা গুণানুকথনে হরেঃ।**
**হৃষীকেশমনুস্মৃত্য প্রতিবক্তুং প্রচক্রমে॥১১॥**

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; ইতি—অসুম্না; উপামন্ত্রিতঃ—হায়জরবদা; গুণ-অনুকথনে ভগবান্‌গী দিব্য গুণগী মবমদা বা ঙাঙবদা; হরেঃ- পরমেশ্বর ভগবান্‌গী; হৃষীকেশম্—ইন্দ্রিয় থুদুম চল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু; অনুস্মৃত্য—তত্তনা নীংশিংদুনা; প্রতিবক্তুম্—পাউখুম পীবা, প্রচক্রমে—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী, মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীদা শ্রীহরিগী গুণ মথঙ মথঙ ঙাঙননবা হঙৎচববদা শুকদেব মুনিনা ইন্দ্রিয়গী মবুংঙো (শ্রীকৃষ্ণ) নীঙশিংলগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী প্রশ্নগী পাউখুম পীবা হৌখি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী ভক্তশিংদি বা ঙাঙবা মতমদা অমসুং ভগবান্‌গী গুণ বর্ণন তৌবা মতমদা মখোয়না মনীঙ তম্না করিমত্তা তৌবা ওম্মী হায়না খন্দে। ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবা ভগবান্‌না মাগী ভক্তশিংদা ইনশনবা মতুং ইন্না মখোয়না বা ঙাঙবা ঙমজরিবনি হায়না মখোয়না খঙ্গে। জীব অমগী ইন্দ্রিয়শিংগী মপুদি মহাক নত্তে; অসিগুম্বা ইন্দ্রিয়শিংসে ভগবানগী মপোৎনি হায়বা অমসুং ভগবান্‌গী সেবাগীদমক শীজিন্নবা মতমদা ইন্দ্রিয়শিংবু নীঙথিনা চপচানা শীজিন্নবনি হায়বদু ভক্তনা খঙঙী। ইন্দ্রিয়শিংদি খুৎলাইনি অদুগা ভূতশিংনা পোৎচঙনি (পোৎচাক্নি), লোইনমকসি ভগবান্‌না পীবিবনি। মবমদুনা মী অমনা তৌরিবা, ঙাঙলিবা, উরিবনচিংবসি ভগবান্‌তগী য়াথংনা তৌবা ঙাক্নি। বাফমসি ভগবদগীতানসু হায়রি: সর্ব্বস্য চাহং হৃদি সন্নিবিষ্টো মত্তঃ স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনং চ। কনামতনা মনীঙ তম্না থনক তৌবা ঙমদে, মতৌ অসুম ওইবমা, মী খুদিংনা থবক তৌগে নৎত্রগা চাগে নৎত্রগা বা ঙাঙগে হায়রবদি মদুগীদমক ভগবান্দগী য়াথং নিবা তারে; ভগবান্‌গী আশীর্বাদ ফংলগা ভক্ত অমনা তৌবা থবক খুদিংমক বদ্ধজীবগী ওইবা দোষ মথল মরিথক অদু য়াওদবা ওইগনি।

শ্লোক ১২

**শ্রীশুক উবাচ**

**নমঃ পরস্মৈ পুরুষায় ভূয়সে সদুদ্ভবস্থাননিরোধলীলয়া।**
**গৃহীতশক্তিত্রিতয়ায় দেহিনামন্তর্ভবায়ানুপলক্ষ্যবর্ত্মনে॥১২॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী; নমঃ—খুরুমজৈ; পরস্মৈ—পুঙথোই থোইবা; পুরুষায়—ভগবান্দা; ভূয়সে—মচেৎ-মকায় তাত্রবা মপুঙ; সৎ-উদ্ভব—প্রাকৃত জগৎকী শেম্বা (সৃষ্টি); স্থান ঙাকশেনবা; নিরোধ—লোইশন্‌বা; লীলয়া—লীলানা; গৃহীত—লৌরবা; শক্তি—শক্তি, পাঙ্গল; ত্রিতয়ায় -গুণ অহুম; দেহিনাম্—হকচাঙ নাইবশিংগী; অন্তর্ভবায়—মনুঙদা লৈবা মহাক (ভগবান্); অনুপলক্ষ্য—খাখল্লা লাম্বা ফংঙমদবা; বর্ত্মনে—অসুন্না লৈবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী: প্রাকৃত জগৎ শেম্নবগীদমক গুণ অহুম (সত্ত্ব, রজ, তম) লৌরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু খুরুমজৈ। মী খুদিংগী দেহনুংদা লৈরিবা মপুঙফাবা অদো মহাক্নি অমসুং মহাক্কী লীলাশিংদি কনাগুম্বগী খাখল্লা লাম্বা ফংদে।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎসি সত্ত্ব, রজ, তম, হায়বা গুণ অহুম্না ওইবা শকফোঙনি, অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্না জগৎকী সৃষ্টি (শেম্বা), স্থিতি (লেঙদনবা ঙাকপা), প্রলয় (লোইশন্‌বা) তৌবগীদমক ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শঙ্কর (শিব) হায়বা রূপ অহুম লৌয়ি। প্রাকৃত সৃষ্টিগী দেহ খুদিংগী মনুঙদা ভগবান্না বিষ্ণু ওইনা চঙি। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা চঙি অদুগা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা জীব খুদিংগী দেহনুংদা চঙি। ভগবদ্গীতাদা হায়রি (১৫।:৮) —বিষ্ণুতত্ত্ব পুম্নমক্কী থোরকফম মূল ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু নৈনরিবা শ্লোকসিদা পরঃ পুমান্ হায়বদি পুরুষোত্তম হায়না কৌরি। মহাক শোইনাইদবা মপুঙনি। মরমসিনা পুরুষাবতারশিংসি মাগী অংশ প্রকাশ ঙাক্তুনি। ভক্তিযোগতনা মহাকপু খঙবা ঙমগনি। জ্ঞানী অমদি যোগীশিংনা পরমপুরুষ ভগবানবু চিন্তানা লাম্বা ফংদবা মরম্না ভগবানবু অচিন্ত্য মার্গগী হায়বদি ভক্তিযোগগী মপু অনুপলক্ষ্যবর্ত্মনে হায়না কৌরিবনি।

শ্লোক ১৩

**ভূয়ো নমঃ সদ্‌বৃজিনচ্ছিদেঽসতামসম্ভবায়াখিল সত্ত্বমূর্ত্তয়ে।**
**পুংসাং পুনঃ পারমহংস্য আশ্রমে ব্যবস্থিতানামনুমৃগ্যদাশুষে॥১৩॥**

ভূয়ঃ—অমুক হন্না; নমঃ—খুরুমজৈ; সৎ—ভক্তশিংগী নত্রগা সাধুশিংগী; বৃজিন—অবাবশিং; ছিদে—কোকহনগা; অসতাম্—নাস্তিকশিংগী, ভক্ত নত্তবা অসুরশিংগী; অসম্ভবায়—অবাবা মথা তারক্তনবা; অখিল—মপুঙফাবা; সত্ত্ব—সত্ত্ব; মূর্ত্তয়ে—মূর্ত্তিদা; (অখিলসত্ত্বমূর্ত্তয়ে—প্রাকৃত নত্তবা শুদ্ধ সত্ত্বনা শাবা দেহনা মাগী ওইবা); পুংসাম্—তত্ত্ব খিবা মীশিংগী; পুনঃ—অমুক হন্না; পারমহংস্যে—পরমহংসগী থাক; আশ্রমে—আশ্রমদা; ব্যবস্থিতানাম্—লৈরিবশিংগী; অনুমৃগ্য—পন্থং; দাশুষে—পীরিবা মহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু খুরুমজরি। মহাক্না রামকৃষ্ণনচিংবা অকতার ওইনা মাগী ভক্তশিংগী অবাবা কোকপি। মহাক্না ভক্ত নত্তবা হিংচাবা অমদি অসুরশিংবু হাৎলগা মখোয়বু অমুক হন্না পোকহন্দে। মহাক্কী দেহদি প্রাকৃত নত্তবা শুদ্ধ সত্ত্বনা শাবনি। মহাক্না পরমহংস আশ্রমদা লৈবা ভক্তিমিশ্রজ্ঞানীদা অমসুং শুদ্ধ ভক্তদা মখোয় মখোয়না পামজবা ব্রহ্মানন্দ অমসুং প্রেমানন্দ পীনবিরি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা সত্তা লোইনমক্কী স্বরূপনি। অখিলগী অর্থদি মপুঙফাবা নৎত্রগা খিল হায়বদি হন্থবা নত্তবা হায়বনি। ভগবদ্গীতাদা হায়রি মতৌদি প্রকৃতিগী মথক অনীনি মতৌদি জড় প্রকৃতি অমসুং দিব্য প্রকৃতি হায়বদি ভগবান্গী অন্তরঙ্গ শক্তি অমসুং বহিরঙ্গ শক্তি। জড়

প্রকৃতিবু অপরা কৌয়ি দিব্য শক্তিবু পরা প্রকৃতি কৌয়ি। মরমসিনা ভগবান্‌গী মূর্ত্তিদি অপরা প্রকৃতিগী নত্তে। মহাক্তি মপুঙ ফানা দিব্যনি। মহাক মূর্ত্তিনি হায়বদি মাগী দিব্য দেহ লৈ। ভগবান্‌গী দিব্য দেহ লৈ হায়বা খঙদবা অপঙবশিংনা মহাকপু নির্ব্বিশেষ (নিরাকার) ব্রহ্মনি হায়। অদুবু ব্রহ্ম হায়বদুদি ভগবান্‌গী দিব্য দেহগী মঙান্দুনি (যস্য প্রভা)। মাগী দিব্য দেহবু খঙবা ভক্তশিংনা মহাকপু সেবা তৌয়ি। মরমদুনা ভগবান্‌সু সেবাগী মহুৎ পীনবি, করিনা মহাক্তি ওইজ-থিদবা কৃপাগী মপুনি, মতৌ অসুম্না মহাক্না ভক্তশিংগী অৱাবা কোকপি। বেদগী অনুশাসন ইন্‌বা ধর্ম্ম চেন্‌বা মীশিংবু মহাক্না সুংশিবী, মরমসিনা জগৎকী সৎজনশিংবু মহাক্না ঙাকশেন্‌বি। ধার্ম্মিক নত্তবা অমসুং ভক্ত নত্তবশিংদি বেদগী ৱাবু যাদে, মরমদুনা মখোয়গী য়াম্না ফত্তবা থবকশিংদু তৌবা মতমদা অপন্ অৱাক য়াম্না ফংঙি। মখোয়গী মবক্তা ভগবান্না খোইদোক্না চানবীবা থৱদি ভগবান্ মশামক্না হাৎতোকপি, মদুদি ৱাবণ, হিরণ্যকশিপু অমদি কংসখোয়গী মতাঙদা। মতৌ অসুম্না অসিগুম্বা দৈত্যশিংনা মুক্তি ফংঙি অমসুং মখোয়গী আসুরিক বৃত্তিগী থবক মখা চৎথদনবা থিংবী। খোঙজাল হৈবা মপা অমগুম্না মাগী ভক্তশিংবু চান্দুনা অদুগা দৈত্যশিংবু দণ্ডি পীদুনা মহাক মীপুম খুদিংবু খোঙজাল্লি মরমদি মহাক্তি ব্যক্তিগত সত্তাগী মপুঙফাবা সন্তানি।

পরমহংসগী মতাঙদি দিব্য গুণগী খ্বাইদগী ৱাংবা মতাঙনি। শ্রীমতী কুন্তীদেবীগী মতুং ইন্না ভগবান্‌বু তশেংনা খঙবদি পরমহংসশিংদনা খঙঙী। নির্বিশেষ ব্রহ্ম খঙলগা মথঙদা পরমাত্মাবু খঙবা অদুদগী পৰমেশ্বর ভগবান পুরুষোত্তম শ্রীকৃষ্ণবু খঙবা— অদুগুম্না মথঙ মথঙ তৌদুনা সন্ন্যাসগী আধ্যাত্মিক জীবন-দসু লৈ। কুটিচক, বহূদক, পরিব্রাজকাচার্য্য অমসুং পরমহংস হায়বসি সন্ন্যাস-জীবনগী মথঙ মথঙ ওই-খংলকপগী মতাঙনি। পাণ্ডবশিংগী মমা মহারাণী কুন্তীদেবীনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি তৌবদা সন্ন্যাসগী থাক মযামসিগী মরমদা হায়খিবনি। পরমহংসশিংদি নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী মরক্তসু লৈ অদুগা ভক্তশিংগী মবক্তসু লৈ; অদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মতুং ইন্না (কুন্তীদেবীনা তশেংনা হায়খিবগুম্না) শুদ্ধ ভক্তি যোগদি পরমহংসশিংদনা খঙঙী অদুগা কুন্তীদেবীনা হায়খিবদি ভগবান্না অবতার তৌবদি (পরিত্রাণায় সাধুনাম্) তশেংনা ভক্তিযোগসি পরমহংসশিংদা পীগে হায়বগীদমক তৌনি হায়বসিনি। মরমসিনা মমৈদা মমৈদদি অর্থ চপ চানা থিকরগদি পরমহংসশিংসি ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্ত ঙাক্তনি। শ্রীল জীব গোস্বামীনা অপান্নবা হায়খি মদুদি ৱাংলেন-ৱাংবা পম্বুংদি ভক্তি-যাগনি, মসিনা মী গমনা ভগবান্‌বু প্রেম সেবা তৌয়ি। ভক্তিযোগ-চৎপা মীশিংদি তশেংবা পৰমহংস ঙাক্তি।

ভগবান্দি মীপুম খুদিংবু থৌজান্‌বিবনিনা ভগবান্‌গী নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিদা তিন্‌বগী পাম্বে ওইনা ভক্তিবু লৌবা নির্ব্বিশেষবাদীশিংদসু মখোয়গী অপাম্বা পম্বুং অদু অতুম পীবি। মহাক্না ভগবদ্গীতাদা মী খুদিংগী ওইনা অভয়বাণী পীরম্মী; যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী মতুং ইন্না ব্রহ্মানন্দী (নির্ব্বিশেষবাদী) অমসুং প্রেমানন্দী (ভক্ত) হায়না পরমহংস মখল অনী লৈ; অনীগী মরক্তা প্রেমানন্দীশিংনা ব্রহ্মানন্দীশিংদগী হেন্না লাইবক ফবা ওইরবসু অনীমক্তা মাগী মাগী অপাম্বা পম্বুংদু অতুম থুংহল্লী। অদুবু ব্রহ্মানন্দী অমসুং প্রেমানন্দী অনীমক পবমার্থী ঙাক্তনি, অদুনা মখোয় অনীমক অবাবনা থল্লবা পুল্সিগী ওইবা হুম্বা জড়প্রকৃতিগা মরী থমদে।

শ্লোক ১৪

**নমো নমস্তেঽস্ত্বৃষভায় সাত্বতাং বিদূরকাষ্ঠায় মুহুঃ কুযোগিনাম্।**
**নিরস্তসাম্যাতিশয়েন রাধসা স্বধামনি ব্রহ্মণি রংস্যতে নমঃ ॥১৪॥**

নম নমঃ তে—নহাকপু এৈনা থুরুমজরি, অস্ত— ওইসনু; ঋষভায়—ঙাকশেনবীবা মঙোন্দা; সাত্বতাম্ —ভক্তশিংগী, যদুবংশগী মীশিংগী; বিদূর-কাষ্ঠায়—ভক্তি লৈতবা মীশিংনা খঙঙমদবা, মুহুঃ—মতম পুম্নমক্তা,

কুযোগিনাম্—ভক্ত-নত্তবশিংগী; নিরস্ত—লৈতবা; সামা—মান্নবা; অতিশয়েন—য়াম্না হেন্না; রাধসা—ঐশ্বর্য্যনা; স্বধামনি—মরম্নাই ধামদা; ব্রহ্মণি—পরব্যোমদা; রংস্যতে—নুংঙাইনা লৈ; নমঃ—মহাকপু ঐনা খুরুমজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যহু শাগৈগী পালক ওইবা অহুগা ভক্ত নত্তবশিংনা মতম পুম্নমক্তা খঙবদা রারবা মহাকপু হন্না হন্না খুরুমজে। মহাক প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা জগৎ অনীবু ভোগ তৌরিবা ভোক্তানি, অহুম ওইনমক পরব্যোমদা লৈবা মরম্নাই ধাম অহুদনা হেন্না নুংঙাইজে, মরমদি মহাক্কী দিব্য ঐশ্বর্য্যদি শীঙথাবা ঙম্বা নত্তে।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমগী মমায অনী লৈ। শুদ্ধ ভক্তশিংগী মহাক নিত্য সঙ্গী অমনি, মহুদি যহু শাগৈগী মী মরক্তা অমা ওইবগুম্না, নংত্রগা অর্জ্জুনগী সখা অমা ওইবগুম্না, ব্রজবাসীশিংগী মরক্তা মী অমা ওইনা লোয়নবগুম্না, নন্দযশোদাগী মচা ওইনা, সুদামা, শ্রীদামা অমসুং মধুমঙ্গলগী সখা ওইবগুম্না নংত্রগা ব্রজভূমিগী গোপীগীশিং কান্ত ওইনা লোয়নবগুম্না। মহু মহাক্কী স্বরূপকী শকক অমনি। অহুগা মাগী নির্ব্বিশেষ স্বরূপপ্পা মহাক্কী ঙমখৈ নাইদবা পুঙশন শনবা ব্রহ্মজ্যোতিহু শন্দোকই। পুঙশন শন্নিবা নুমীৎ মঙালগা চাঙদম্নরবা ব্রহ্মজ্যোতিসিগী শরূক অমা মহৎতত্ত্বগী অমম্বনা কুপ্নী, অসিগুম্বা অচম্বা মচেৎসিবু প্রাকৃত জগৎ হায়না খঙনৈ। প্রাকৃত জগৎ অসিদা ঐখোয়না খঙলিবা ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড কয়ামা মশীঙ থীবঙমদবমখৈ লৈ, অহুগা মখোয খুদিংদা ঐখোয়না লৈরিবা মর্ত্তালোক অসিগুম্বা লোক কয়ামা মশীঙ থীঙমদবমখৈ লৈ। মর্ত্যবাসীশিংবু ভগবান্গী ঙমখৈ-নাইদবমখৈ পাক-শন্নিবা জ্যোতিনা (মঙান্না) শুমহৎলি, অহুবু ভক্তশিংদি ভগবান্গী স্বরূপ মৃত্তিহুবুদা পামজে, মহাক্কী দিব্য দেহে অসিদগী পোৎ পুম্নমক থোরকপনি (জন্মাদ্য স্য যতঃ)। নুমীৎকী মঙালদি সূর্য্যামণ্ডলদা পুন্নপ লৈবগুম্না ব্রহ্মজ্যোতিসু পরব্যোমগী মনুংচন্‌বা রাংলেন রাংবা গোলোক বৃন্দাবন অহুদা কুপশিন্না লৈ। ঙমখৈ লাকঙমদবা পরব্যোম অহু বৈকুণ্ঠ কৌবা দিব্যলোক মযাম্না থল্লী, মখোয়সি প্রাকৃত আকাশগী রাংমদা যাম্না লাপ্পা লৈবনি। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডবাসীশিংনা প্রাকৃত আকাশগী রা ফাওবা লোয়না খঙদে, অহুনা মখোয়না করম্না পরব্যোমগী (বৈকুণ্ঠ আকাশগী) রাখল লাম্লুগনি? মরমসিনা মখোয়না ভগবান্দগী য়াম্না য়াম্না লাপথোকখ্রে। মরমসিনা মর্ত্তালোকসিগী মীশিংনা মতুংদা করিগুম্বা ঙমহুনা নুংশীৎমুক নত্রগা পুরুীংমুক য়াংবা মেছিন অমা পুথোররুবসু মখোযনা পরব্যোমদা লৈবা লোকশিংহুদা যৌবা ঙম্বগী রাদি মমঙদফাওবা মঙবা ঙম্লোই। মরমহুনা ভগবান অমসুং মাগী ধাম লৈফমহু অহুম মযম খঙদবা পোৎ অমা ওইনা লৈরগনি, অহুবু ভক্ত-শিংগীদমক্তি ভগবান নিত্য সঙ্গী ওইনা য়ংগনি।

পরব্যোমদা ভগবানগী ঐশ্বর্য্যাদি ঙমখৈ লৈতবনি। শীঙনাইদবা বৈকুণ্ঠলোক মযামহুদা ভগবান্না মাগী প্রকাশ মযামগী শক্তম লৌহুনা মাগী মুক্ত ভক্তশিংগা লোয়ননা ঙাম্থোইহুনা লৈ, অহুগা নির্ব্বিশেষ-বাদীশিংনা ভগবানদা লুপশনবা পাম্বনিনা মখোয়বু ব্রহ্মজ্যোতিগী দিব্য মৈরিক ওইনা লুপশনহল্লি। বৈকুণ্ঠলোকশিংদসু অহুগা পরম ধাম গোলোক বৃন্দাবন অহুদসু ভগবান্গী পরিকর ওইনবা গুণশিংহু নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী লৈজরমদে। গোলোক বৃন্দাবন অসিবু ভগবদ্গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা মদ্ধাম (ঐগী লোক) হায়না হায়রি। অহুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা ভগবান্গী স্বধাম হায়না কৌরি।

মদ্ধাম নংত্রগা স্বধাম অসি ভগবদ্গীতাদা মথাসিগুম্না বর্ণন তৌরি (১৫।৬):—

**ন তদ্ভাসয়তে সূর্য্যো ন শশাঙ্কো ন পাবকঃ।**
**যদ্গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম॥**

ভগবান্গী স্বধামদা মুমীৎ অমদি থাগী মঙাল নৎত্রগা বিজুলিগী মৈঙাল য়াওদ্রবসু অতুম ঙান্দুনা ঙাক লৈ। থাম হায়বদি মফম অদু পরম-নি (পুঙথোই থোইবনি), মফমদুদা চৎলগদি প্রাকৃত জগৎসিদা অমুক হল্লক্তে।

বৈকুণ্ঠলোকশিং অমসুং গোলোক বৃন্দাবন অদুদি মশানা অতুম ঙানবা ঙাক্লি, অদুগা ভগবান্গী স্বধাম-দুদগী চাইথোরকপা মঙাল্লা ব্রহ্মজ্যোতি হায়বসি ওইরিবনি। মুণ্ডক (২।২।১০), কঠ (২।২।১৫) অমসুং (শ্বেতাশ্বতর) উপনিষদ্শিংগুম্বা বেদশিংদা ব্রহ্মজ্যোতিগী ৱাসি মথাগী অসুম্না হায়রি :

**ন তত্র সূর্যো ভাতি ন চন্দ্র তারকং নেমা বিদ্যুতো ভান্তি কুতোঽয়ম্ অগ্নিঃ।**
**তম্ এব ভান্তম্ অনু ভাতি সর্ব্বং তস্য ভাসা সর্ব্বম্ ইদং বিভাতি ॥**

ভগবান্গী স্বধামদুদা নুমীৎ-থা-থরানমচাক লৈতে, নোংথাঙগী মৈসু চঙদে, অদুনা চুমগী মৈগী ৱাদি করি হায়রুগনি? থামশিংদু মশানা অতুম ঙানজবা ঙাক্লিনা অতুম লোইনমক ঙান্দুনা ঙাক লৈরে। অদুগা মীৎথকপমথৈ ঙাল্লিবদুদি স্বধাম-দগী য়ৈরকপা মঙান ঙাক্লি।

নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিনা মীৎ-থকুবা মীশিংদুনা ভগবান্গী বিগ্রহরূপ অদু খঙবা ঙমদে। মরমদুনা ঈশোপনিষৎতা (১৫) ভগবান্গী মাগী মীংথরুঙাই মঙান্দু মফম অমদা থম্লীথিবা অতুম ওইরবদি ভক্তনা অশেঙবা মূর্ত্তিদু উবা ফংগনি হায়না প্রার্থনা তৌরি। মদুদা হায়রিবদি অসিনি :

**হিরণ্ময়েন পাত্রেণ সত্যস্যাপিহিতং মুখম্।**
**তৎ ত্বং পূষন্ন অপাবৃনু সত্যধর্ম্মায় দৃষ্টয়ে ॥**

"হে প্রভো, নহাক প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত ওইবা পোৎ খুদিংমক্কী পালকনি। লোইনমক হিংলি-বসে নথৌজান্ননি। নঙগী ভক্তিযোগ হায়বদুনা সত্য ধর্ম্মনি (অওইবা ৎর্ম্মনি)। অদুনা ঐহাক ভক্তি-যোগ অদুদা লৈজবনি। মরমদুনা নহাক্কী অশেঙবা মায়থোঙ অদু উৎলগা ঐবু ঙাকপিয়ু। মরমদুনা নগাক্কী ব্রহ্মজ্যোতি কৌবা মায়খুম অদু লৌথোকপিরো অদু ওইরবদি ঐনা নহাক্কী সচ্চিদানন্দময় ওইবা বিগ্রহমূর্ত্তিদু উবা ফংজগনি।"

শ্লোক ১৫

**যৎকীর্ত্তনং যৎস্মরণং যদীক্ষণং যদ্বন্দনং যচ্ছ্রবণং যদর্হণম্।**
**লোকস্য সদ্যো বিধুনোতি কল্মষং তস্মৈ সুভদ্রশ্রবসে নমো নমঃ ॥১৫॥**

যৎ—মহাকপু; কীর্ত্তনম্—কীর্ত্তন (শক্ শোন্‌বা); যৎ—মহাকপু; স্মরণম্—নীঙশীংবা; যৎ—মহাকপু; ঈক্ষণম্—য়েংবা, দর্শন তৌবা; যৎ—মহাকপু; বন্দনম্—খুরুম্বা; যৎ—মহাকপু; শ্রবণম্—নাকোঙনা তাবা; যৎ—মহাকপু; অর্হণম্—পূজা তৌবনা; লোকস্য—মী পুম্নমক্কী; সদ্যঃ—খুদক্তা; বিধুনোতি—থোইদোক্লা চামথোকয়ি; কল্মষম্—পাপকী ফল; তস্মৈ—মঙোন্দা; সুভদ্র—মঙ্গলগী মশক ওইবা; শ্রবসে—মিংচৎ লৈবা; নমঃ নমঃ—হন্না হন্না খুরুমজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ৱারম শকশোন্‌বা অমসুং নীঙশিংবা, মহাক্কী শ্রীবিগ্রহ দর্শন তৌবা, মহাকপু খুরুম্বা, মহাক্কী মরমদা শ্রবণ তৌবা অমসুং মহাকপু পূজা তৌবনা খুদক্তা শকশোল্লিবা মীশিংদুগী পাপকী ফল পুম্নমক কোকয়ি।

নৈনরোল

পাপ তৌবা ফল কোক্লনবগী তৌগদবা ধর্ম্মগী থবক মন্নুঙদা খ্বাইদগী বাংবা থবক্কী মওংদু খ্বাইদগী হেন্না থঙবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা মক্নমসিদা তাক্লি। শ্রীমদ্ভাগবতম্দা অমদি ভগবদ্গীতাদা তাকপগুম্না ভগবান্গী বিষয় কীর্ত্তন তৌবা হায়বসি মওং কয়ামুক্তা তৌবা য়াই মত্তুদি নীঙশিংবা, শ্রীবিগ্রহ দর্শনগীদমক মন্দিরদা চৎপা, ভগবানগী মাঙদা প্রার্থনা কৎপা, অমসুং ভগবান্গী যশঃ-গুণ শ্রবণ তৌবা। কীর্ত্তন অসি ভগবানগী যশঃগুণ্ অদু পুঙ-করতাল য়াওনা ঈশৈ শক্লগা নৎত্রগা ভগবদ্গীতা পাঠ তৌদুনা তৌবা য়াই।

ভক্তশিংনা ভগবানগা সঙ্গ তৌবগী মাথল খঙ্গ্রগদু ভগবান্না মচামক থোরকত্রবদা নীঙবা কায়গদবা নত্তে। শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ-নচিংবা ভক্তি অঙ্গনা (লোইনমক নৎত্রগা থরতনা নৎত্রগা ময়ামসিগী মরক্তগী অমতনা) ভগবান্গা সঙ্গ তৌনীংবগী ফল অদু মথক্তা হায়রিবা মওংদা সেবা তৌরগা ফংহল্লি। ভগবান্ কৃষ্ণগী নৎত্রগা রামগী পবিত্র নামগী মখোন্ অদুতনা আকাশ অসি চিন্ময় ভাব অমনা পুঙপা পাথোকপা য়াই। অসিগুম্বা শুদ্ধ সেবা তৌবা মফমদা ভগবান্ যাওবনি হায়বসি ঐখোয়না থঙফম থোকয়ি অমসুং মতৌ অসুম্না অপরাধ চেন্দবা কীর্ত্তন তৌবা মীদু ভগবান্গা লোয়নরবনি। মতৌ অসুম্না, স্মরণ (নীঙশিংবা) অমসুং প্রার্থনাশিংনসু অখঙ অহৈ অমনা নীঙথিনা তাকপিরগা তৌরগদি মদুনা ঐখোয়গী অপাম্বা ফল অদু পীগনি। ভক্তি মওং অমতা লম্নাইনা শেম শাবা য়াদে। মন্দির অমদা কনা অমনা শ্রীবিগ্রহবু পূজা তৌবা য়াই নৎত্রগা কনা অমনা নির্ব্বিশেষ ওইনা ভগবান্দা মসজিদ অমদা নৎত্রগা গির্জা অমদা প্রার্থনা কৎপা য়াই। কনাগুম্বনা মচামক্তা পাপ তৌনীংনা তৌরগা মন্দিবদা পূজা তৌদুনা নৎত্রগা গীর্জাদা প্রার্থনা কৎতুনা পাপকী যল মবাইনা কোক্কনি হায়বগী আশাদা পাপ তৌদনবা হোৎনগদবনি। ভক্তি-অঙ্গ অমা সাধন তৌরগা ফল কোকচগে হায়দুনা পাপ তৌনীংবা পুকচেল অসিবু নাম্নো বলাদ্ যস্য হি পাপ-বুদ্ধি হায়বদুনি। মসি ভক্তিগী লম্বীদা খ্বাইদগী চাউবা অপরাধ-নি। মরম অসিনা অসিগুম্বা পাপকী কোমদা পুৎথদনবা কনাগুম্বনা মচাবু ঙাকচগে হায়রবদি শ্রবণ হায়বা ভক্তি অঙ্গ অসি তৌদবা যাদবনি। শ্রবণ-অঙ্গসি চেৎশন্নবা হায়দুনা গোস্বামীনা হীরমসিদা মঙ্গল ওইনা ভগবান্দা খুকন্নিবনি।

শ্লোক ১৬

**বিচক্ষণা যচ্চরণোপসাদনাৎ সঙ্গং ব্যুদস্যোভয়তোঽন্তরাত্মনঃ।**
**বিন্দন্তি হি ব্রহ্মগতিং গতক্লমাস্তস্মৈ সুভদ্রশ্রবসে নমো নমঃ ॥১৬॥**

বিচক্ষণাঃ– মহাজ্ঞানীশিংনা; যৎ—মহাক্কী; চরণ উপসাদনাৎ—খুয়াখাদা মশাবু কপ্থোকপদনা; সঙ্গম—সঙ্গ, আসক্তি (হকচনবা); ব্যুদস্য—মপূঙফানা থাদোক্লুনা; উভয়তঃ—হন্দক্কী অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক্তা; অন্তঃ-আত্মনঃ—থম্মোই অমসুং আত্মাগী; বিন্দন্তি– ফংঙী, হি—লেপ্পমক, ব্রহ্মগতিম—ব্রহ্মভাব; গতক্লমাঃ—অরাবা যাওদবমখৈ; তস্মৈ—মঙোন্দা; সুভদ্র—মঙ্গলগীদমক ওইবা; শ্রবসে– শ্রবণ তৌনঙাই ওইবা মঙোন্দা; নমঃ—খুরুমজৈ, নমঃ—খুরুমজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ্গল পুম্নমক্কী মশক ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু হন্না হন্না খুরুমজবি। মহাজ্ঞানীশিংনা মহাক্কী খুয়াখাদা মশা মশাবু কংথোকচরগা হন্দক মপোক অমদি হয়েংমুক্কী মপোক অনীমক্তা লৈগদবা আসক্তি অদু থাদোকপা ঙমজৈ অদুগা অরাবা য়াওদবমখৈ ব্রহ্মস্বরূপ ওইবা গতিদু ফংজৈ।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায়বদি ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্ত ওইনীংবা মী খুদিংদা হন্না হন্না পাউমেনখি। ভগবদ্গীতাদা (১৮।৬৪-৬৬) মাগী পাউতাক্কী অরোয়বা মতাঙদা ভগবান্না অথ্ক্লা অমা ওইবা পাউতাক মথাগীসি পীখি :–

**সর্ব্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।**
**ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়ম্ ইতি ততো বক্ষ্যামি তে হিতম্ ॥**
**মন্মনাভব মদ্‌-ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।**
**মাম্ এবৈষ্যসি সত্যংতে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে ॥**
**সর্ব্ব ধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মাম্ একং শরণংব্রজ।**
**অহং ত্বাং সর্ব্ব পাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥**

"হে নুংশিরবা অর্জ্জুন, নহাক অসি ঐগী য়াম্না নুংশিবনি, মবমতুনা নহাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা ঐগী পাউতাকশিংগী মনুঙদা থুপ্লেন থুপ্না শরুক্তো ঐ নঙোন্দা হায়দোক্কে। রাতুদি ইচম চম্না অসিতনিদাঃ ঐগী শুদ্ধ ভক্ত অমা ওইয়ু অদুগা নছাবু ঐঙোন্দা কথোকচৌ, অদুগা ঐবু নুংশিনা সেবা তৌবা ফংনবা প্রাকৃত নত্তবা জীবন অমা শোয়দনা যংহনগনি হায়না রাশক্লংনি। ধর্ম্ম মখল পুম্নমক থাদোক্লো অদুগা ঐঙোন্দদা চঙজরো অদুনা ঐনা পাপ পুম্নমক্কী নহাকপু কনগনি হায়বসি থাজো অদুগা ঐনা মুক্তি পীবিগনি, থোইনা চিন্তা তৌগনু।"

বুদ্ধি লৈবা মীতাশিংনা ভগবানগী অরোয়বা পাউতাকসিবু য়াম্না থরাই য়াওনা লৌশল্লি। পরমার্থ থিবদা ইহান্ হান্‌বা থবক্তি আত্মজ্ঞান লৈনবা তৌবনি, মসিবু অথুপ্না জ্ঞান কৌয়ি অদুদগী চংথরকপা খোঙথাংনা ঈশ্বরবু উপলব্ধি তৌবনি, মসিবুনা অংক হেন্না থুপ্না জ্ঞান কৌযি। ভগবদ্গীতানা তাকপা জ্ঞানগী অবোয়বা মতাঙদি ঈশ্বরবু উপলব্ধি হায়বসিনি, অদুগা ঈশ্বরবু উপলব্ধি তৌরবা মতমদা অদুগুম্বা মীতানা মছানা অদুম ভগবান্দা সেবা কংননবা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইনীংনা ওইজবক্কনি। ভগবান্দা সেবা তৌবা হায়বসিগী যুম্ফমদি মতম পুম্বদা ভগবানবু নুংশিবনা ওইগদবনি। মসিগী মওংদি কর্ম্মযোগ, জ্ঞান যোগ নত্রগা ধ্যানযোগদা তাকিবা নিয়ম-সেবাদুগা থেন্নৈ। ভগবদ্গীতাদা মীতা তোঙান্‌-তোঙান্‌বগীদমক তোঙান-তোঙানবা পাউতাক লৈ; অদুগা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম, সন্ন্যাস ধর্ম্ম, যতি ধর্ম্ম হায়বগী মতাঙদা ইন্দ্রিয় খদুম চনবগী, ধ্যানগী, যোগসিদ্ধিনচিংবগী রাফম কয়াস্ত য়াওবি; অদুবু ভগবানবু নুংশিবদগী ভগবানগী সেবা তৌগে হায়দুনা মছাবু ভগবান্দা পূঙকং কথোক্লবা মীদুদি তশেংনমক বেদশিংদা তাকপা পাউতাকশিংগী মচং অদু থঙলবনি। হায়রিবা সাধননি চংপা মীদুদি খুদক্তা পুন্সিগী মপুঙ ফাবা হায়বদু ফংলে। পুন্সি মপুঙ ফাবা হায়বসিবু ব্রহ্মগতি হায়বদি পারমার্থিক জীবনগী অকারম কাবগী খোঙথাং কৌয়ি। বেদ-বচনশিংনা যুম্ফম ওইরগা শ্রীল জীব গোস্বামীনা হায়বদি ব্রহ্মগতিগী অর্থদি ভগবানগী দিব্যরূপকুম্বা রূপ অমা ফংবনি, রূপ অদুদা মুক্ত ওইবা জীবনা নিত্য ওইনা পরব্যোমদা লৈবা বৈকুণ্ঠ লোক অমদা বাস তৌয়ি। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তদি ব্রহ্মগতিসি ইহোং হোংনদ্রবস্থ ফংভি। অসিগুম্বা ভক্তিগী পুন্সিদি কীর্ত্তন, শ্রবণ, ইক্ষণ-নচিংবনা মমাঙগী শ্রোব-তুদা হায়বগুম্না বিক থল্লি। মবমতুনা মী খুদিংমক্তা পৃথিবীগী মফম অমদবু লৈববস্থ মীওইবগী পুন্সি মবেল অমা লেল্লবস্ত হায়রিবা ব্রহ্মগতিসি ফংননবা ভক্তিগী পুন্সি হায়বা অচম্ব। লম্বীসিদা চংতবা য়াদবনি। ভগবান্ ব্রহ্মানা ভগবান্ কৃষ্ণবু বৃন্দাবন্দা শান্নরিবা অঙাঙ অমা ওইনা থেংনবা মতমদা ব্রহ্মানা স্তুতি তৌবদা মথাগী অস্তুম্না হায়খি ঃ

**শ্রেয়ঃ-সৃতিং ভক্তিম্ উদস্য তে বিভো ক্লিষ্যন্তি যে কেবল-বোধ-লব্ধয়ে।**
**তেষাং অসৌ ক্লেশল এব সিষ্যতে নান্যদ্ যথা স্থূল তুষাবঘাতিনাম্ ॥ (ভাগবত ১০।১৪।৪)**

বুদ্ধি লৈবা মী অমনা পারমার্থিক সাধন ময়াম তৌবগী মহস্তা তৌগদবা খ্বাইদগী মগুণ লৈবা সাধনদি ভক্তিযোগনি। মযমসিদা পল্লিবা খুদম অসি চপচাবা অমনি। অশেঙবা যৌ খুজোক অমনা চেঙ য়াওদবা রাই মপৈ অমদগী মমল য়াম্বা হেল্লি। মরমসিনা কর্ম্মকাণ্ডগী নত্রগা জ্ঞান কাণ্ডগী যদুমন্ত্রনা

হঠযোগগী হকচাঙ শাজেন্না পুক্নীং চিংশন্দনবা তৌবা তারে, অদুগী মহুত্তা কীর্ত্তন, স্মরণচিংবা অচম্বা সাধন অসি মত্তাকচাবা গুরু অমগী মনাক্তা লৈদুনা অদুগা অৱাবা মহোৎনা য়াওদবমখৈ ৱাংলেন ৱাংবা সিদ্ধি অদু ফংনবা তৌফম থোকয়ি।

শ্লোক ১৭

**তপস্বিনো দানপরা যশস্বিনো মনস্বিনো মন্ত্রবিদঃ সুমঙ্গলাঃ।**
**ক্ষেমং ন বিন্দন্তি বিনা যদর্পণং তস্মৈ সুভদ্রশ্রবসে নমো নমঃ ।১৭।**

তপস্বিনঃ তপ কন্না তৌবা সাধু; দানপরাঃ—দান তৌবা মীশিং; যশস্বিনঃ—থবক ফজুনা মিংচৎলবা মীশিং; মনস্বিনঃ যোগীশিং; মন্ত্রবিদঃ—বেদগী মন্ত্র হৈবশিং; সুমঙ্গলাঃ—বেদাচার চৎপা মীশিং; ক্ষেমম্—অফবা ফল; ন বিন্দন্তি—কদৌউদসু ফংদে; বিনা—নত্তনা; যৎ-অর্পণম্—কৎথোকপা; তস্মৈ—মঙোন্দা; সুভদ্র—মঙ্গলগী মশক ওইবা; শ্রবসে—ভগবানগী মবমদা শ্রবণ তৌবা; নমঃ—খুরুমজরি; নমঃ—খুরুমজরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ্গল পুম্বগী মশক ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা হন্না হন্না খুরুমজরি, মরমদি তপস্যা তৌবা যোগীশিংনা, দান চাউনা তৌবশিংনা, থবক যবদগী মিং চৎলবশিংনা, যোগীশিংনা, বেদমন্ত্র হৈবশিংনা, অদুগা বেদাচার চৎপশিংনা মখোয় মখোয়না তৌরিবা অদুবু মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা কৎথ্রবদি করিমতা কান্নদে।

নৈনবোল

লাইরীক হৈবগী, দান তৌবগী পুকচেল, মীওইবা সমাজগী রাজনীতি, সমাজনীতি অমদি ধর্মনীতিগী মায়কৈদা লুচিংবা, জ্ঞান মার্গ, অষ্টাঙ্গ যোগ অভ্যাস, বেদ কর্ম হৈবা, অসিনচিংবা গুণ খিংক অদু ভগবান্গী সেবাদা কৎথোক্লবা মতমদদা মপুঙ ফাবা পুন্সি হায়বদু ফংগনি। অসিগুম্বা অনীদু পুন্দ্রবদি গুণময়ামদু ময়ামগী মফমদা অৱাবা লারুবগী মরম ওইগনি। পোৎ খুদিংমক লন্নাইগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী-দমক শীজন্নবসু য়াই নংত্রগা অতৈ অতোপ্পা অমগী সেবাদা শীজন্নগে হায়বসু য়াই। স্বার্থ (মশাগী ওইজবা) হায়বসি মখল অনী শুই মদুদি কনাগুম্বগী মশামকী স্বাথ অদুগা পাকথোকপা স্বার্থ। মখল অনী অসি মগুণগী যেংলগদি খেন্নদে। কনাগুম্বগী মরম্নাইগীদমক হুরানবগা মাগী ইম্যং মন্নুংগীদমক হুরানবগা অনীসি গুণ অমতগীনি হায়বদি অনীমক আইনগী মতুং ইন্না লাল্লী। লন্নাই স্বার্থগীদমক নত্তে হায়দুনা অমসুং সমাজগীদমক্কি নৎত্রগা দেশগীদমক তৌরিবনি হায়দুনা হুরানবা মী অমনা মহাক লান্দে হায়বসি করিগুম্বা লৈবাক্কী লিংদুনা লৈরবা আইন্না মাবু ভাকপীদে। কনাগুম্বা জীবগী স্বার্থদু ভগবান্গী স্বার্থগা অমতা ওইরবা মতমদদা জীবগী স্বার্থদু মপুঙ ফায় হায়বসি মী অয়াম্বনা খঙদে। খুদম ওইনা হায়রগা হকচাঙগা আত্মাগা অনীমকপু পুন্না যোকপগী কান্নবা করিনো? কনাগুম্বনা হকচাঙগী (মরম্নাইগী নৎত্রগা সমাজগী) দমক শেল তান্নী, অদুবু ঈশ্বরগী ৱাখল য়াওদ্রেগদি হায়বদি ঈশ্বরগা মাগা লৈনরিবা মরীদু খণ্ডনবগীদমক হায়দুনা হকচাঙ য়োকত্রগদি হকচাঙগা আত্মাগা অনী কায়নদবা হাযবদি হিংননবা মরমগী হোৎনবা পুম্নমক শা-শন না হিংনবা হোৎনবগুম্বনি। মীওইবগী হকচাঙ য়োক্লবগী মরমগা শা-শলগী হকচাঙ য়োকপগী মরমগা মান্নদে। মরমদুনা, লাইরীক হৈবা, শেল থুমগী চাওখৎপা, জ্ঞান চর্চ্চা তৌবা, বেদ তম্বা, নৎত্রগা পুণ্য কর্ম্ম (হায়বদি দান, অনাশং লিংবা, চেঙ-চাক য়েনবা অসিগুম্বা কর্ম্ম) পুম্নমক ভগবান্গী মরী থম্না তৌগদবনি। অসিগুম্বা থবক অমসুং হোৎনবা পুম্বগী লক্ষ্যদি ভগবান্না পেনবা হায়বদুনা ওইগদবনি। অদু নত্তবা কনা অমগী (লন্নাই ওইরবসু নৎত্রগা ময়াম পুম্বগী) দমক পেনবনা ওইবা য়াদে (সংসিদ্ধি হরি

তোবণম্)। ভগবদ্গীতাদস্থ হায়রি (৯।২৭) মতুদি ঐখোয়না তৌরিবা দান অতুগা ঐখোয়না তৌরিবা তপ পুম্নমক ভগবান্দা কৎথোক্কদবনি হায়রবদি ভগবান্গীদমক্তা তৌগদবনি। লাই-থাজদবা মীশিংগী সভ্যতাগী হৈশিংলবা নেতাশিংনা ভগবদ্ভাবনা চেল্লবদি শিক্ষাগী মায়কৈদা নৎত্রগা শেলথুমগী চাওখৎনবগী মায়কৈদা হোৎনবা মখল পুম্নমক্কী মহৈ শুকয়ান য়াল্লোই। ভগবদ্-ভাবনা লৈনবা তৌগে হায়রবদি ভগবদ্গীতাদা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্নচিংবা লাইরীকশিংদা বর্ণন তৌবিবা সর্ব্বমঙ্গলময় ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ তৌবা তাই।

শ্লোক ১৮

**কিরাতহূণান্ধ্রপুলিন্দপুল্কশা আভীরশুম্ভা যবনাঃ খসাদয়ঃ।**
**যেহন্যে চ পাপা যদপাশ্রয়াশ্রয়াঃ শুধ্যন্তি তস্মৈ প্রভবিষ্ণবে নমঃ ॥১৮॥**

কিরাত— প্রাচীন ভারতকী প্রদেশ অমা; হূন—জর্ম্মণী অমসুং রুষগী শরূক; অন্ধ্র—দক্ষিণ ভারতকী প্রদেশ অমা; পুলিন্দ—গ্রীকশিং; পুল্কশাঃ—প্রদেশ অমা; আভীর—প্রচীন সিন্ধু প্রদেশগী শরূক অমা; শুম্ভাঃ—প্রদেশ অমা; যবনাঃ—টুর্কশিং; খস-আদয়ঃ—মঙ্গোলিয়া প্রাদেশ; যে -মখোয়; অন্যে—অতোপ্প-শিং; চ— সু; পাপাঃ—পাপ-তৌবা মীশিং; যৎ—মখোয়গী; অপাশ্রয়-আশ্রয়াঃ—ভগবৎ ভক্তশিংদা চঙজরবা মীতাশিং; শুধ্যন্তি—খুদক্তা শেংই; তস্মৈ—মঙোন্দা; প্রভবিষ্ণবে—শক্তিমান্ বিষ্ণুদা; নমঃ—খুরুমজরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কিরাত, হূণ, অন্ধ্র, পুলিন্দ, পুল্কশ, আভীর, শুম্ভ, যবন, খসশিং অমসুং পাপ কর্ম্ম-তৌবা মী অতৈ পুম্নমক ভগবদ্ভক্তগী মগমদা চঙজবগা শেংবী মবমদি ভগবান্দি সর্ব্বশক্তিমাননি। ঐনা ভগবান্ মঙোন্দা খুরুমজরি।

লৈনবোল

**কিরাতঃ** মহাভারতকী ভীষ্মপর্ব্বদা য়াওবা ভারতবর্ষগী অরিবা প্রদেশ অমনি। ময়াম্না কিরাতশিংবু ভারতকী আদিবাসীনি হায়না খঙনৈ। হৌজিক্কী বিহারগী সাঁওতাল পরগণা অমসুং ছোট নাগপুরদা কিরাত কৌবা প্রদেশ অরিবসি য়াওয়ি।

**হূণঃ** নোংপোক জর্ম্মণী অমসুং রুষগী শরূক খবতু হূনশিংগী প্রদেশ হায়না খঙনৈ। মরমসিনা চাউর্মা মখল অমবু হূণ হায়না খঙনৈ।

**অন্ধ্রঃ** মহাভারতকী ভীষ্মপর্ব্বদা য়াওবা দক্ষিণ ভারতকী প্রদেশ অমনি। মসি হৌজিক য়াওবা মনিংসি কৌগনা লৈবি।

**পুলিন্দঃ** মসি মহাভারতকী আদিপর্ব্বদা (১৭৪।৩৮)পুলিন্দ কৌবা লৈবাক্কী মীশিং হায়না পল্লী। মখোয়গী লৈবাকসি ভীমসেন অমসুং সহদেবনা জয় তৌরম্মী। গ্রীকশিংবু পুলিন্দ হায়না খঙনৈ; মহা-ভারতকী বনপর্ব্বদা পৃথিবীগী শরূকসিগী বৈদিক-নত্রবা জাতিনা পৃথিবী শাসন তৌরগনি হায়না পল্লী। পুলিন্দ অসি ভারতকী প্রদেশশিংগী মরক্তা অমনি অতুগা প্রদেশসিগী মীশিংবু ক্ষত্রিয় নিংথৌশিংগী মনুঙ চলহল্লী। অতুবু কোন্থংদদি মখোয়না ব্রহ্মণ্য কৃষ্টি থাদোকপদগী মখোয়বু ম্লেচ্ছ হায়না পল্লরম্মী (মতুদি ইসলামগী কৃষ্টি ইন্দববু কাফের অতুগী খৃষ্টান কৃষ্টি ইন্দববু হিথন হায়বগুম্না)।

**আভীরঃ** মসি মহাভারতকী সভাপর্ব্ব অমসুং ভীষ্মপর্ব্বদা পল্লী। সিন্ধু প্রদেশদা সরস্বতী তুরেনগী তোর্বান্দা প্রদেশ অসি লৈ হায়না পল্লি। হৌজিক্কী সিন্ধুদেশ অসি মমাঙথৈদা আরবসাগরগী অসোম থংবা বাংমা তাম্না শন্দোক্লম্মী। মসুং প্রদেশসিগী মীশিংবু আভীর হায়না খঙনৈ। মখোয়সি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মথা পোল্লি। অতুগা মার্কণ্ডেয়গী বা মতুং ইন্না পৃথিবীগী শরূকসিগী ম্লেচ্ছশিংনা ভারত শাসন

তৌগনিস্থ হায়রম্মী। মতুংঙদদি মাগী রাসি পুলিন্দশিংগী মতাঙদদি চুমখি। পুলিন্দশিংগী ওইনা আলেকজ্যাণ্ডরনা ভারত জয় তৌখি অদুগা আভীরশিংগী ওইনা মহম্মদ ঘোরীনা ভারত জয় তৌখি। আভীরশিংসিস্থ মমাঙৈদা ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিগী মনুঙদা ক্ষত্রিয় ওইরম্মী, অদুবু মখোয়না মরীদু থদৎনখি। পরশুরামবু কিদুনা কোকেশিয়ান চীঙলমদা লোৎখিবা ক্ষত্রিয়শিংনা কোঙ্কংদা আভীর হায়না খঙনখি অদুগা মখোয়না লৈরম্বা লমদুবু আভীরদেশ হায়না খঙনবম্মী।

**শুদ্ধ অমম্সুং কঙ্কঃ** অরিবা ভারতকী কঙ্ক প্রদেশগী মীশিংনি, মখোয়সি মহাভারতকী মনুঙদা পন্দুনা য়াওরি।

**যবনঃ** যবন হায়বসি মহারাজ যযাতিগী মচানুপা অমগী মিংনি, মঙোন্দা পৃথিবীগী শরুক তুর্কী কৌবা লমদমসি শাসন তৌননবা পীখি। মরমদুনা তুর্কশিংসি মহারাজ যবনগী থারা ওইবা মরম্না যবন হায়বা জাতিদুনি। কায়নথংদা ব্রহ্মণ্য ধর্ম থাদোকতুনা মখোয় ম্লেচ্ছ-যবন ওইখি। যবনশিংগী রা মহাভারতকী আদি পর্ব্বদা য়াওয়ি (৮৫।৩৪)। তুর্বসু কৌবা নিংথৌমচা অমসু যবন-নি হায়না খঙনৈ, মহাক্কী দেশবু সহদেবনা জয় তৌখি। নোংচুপলোমগী যবনশিংনা কর্ণনা হাযবদগী দুর্য্যোধনগী মায়কৈদা কুরুক্ষেত্রগী লাল য়াওখি। যবনশিংসিনা ভারত জয় তৌনি হায়বসি হান্নবা ফাওথ্রবনি, রাদুসু চুমখি।

**খসঃ** খসদেশগী মীশিংদু মহাভারতকী দ্রোণপর্ব্বদা পল্লি। নাতোন সুমাঙদা কোই তেন্না হৌবা মীশিংবু খস হায়না খ্যায়না খঙনৈ। মবমসিনা খসশিংদি মঙ্গোলিয়ান্, চীনানচিংবশিংসিনি।

মথক্তা পল্লিবা ঐতিহাসিক ওইবা মিংশিংসি পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা জাতিনি। মতম পুম্নদা তৎতনা পাপকী থবক্তা তৌদুনা লাকবা মখোয়দুসু করিগুম্বা মখোগনা ভগবদ্ভক্তশিংদা চঙ্ভবদি মপূঙফাবা মীগী থাক্তা কাবা ঙমগনি। ভগবানগী শক্তি চেনবা ভক্ত যীশু খৃষ্ট অমসুং মহম্মদ অনীসিনা ভগবানগী ওইনা মালেম অসিদা অঙক-যংবা থবক কয়া তৌবম্মী। শ্রীল শুকদেব গোস্বামীগী মত অদুদগী ওইবা মানবদি অসিনি মদুদি তৌঙ্গিক মতমগী পৃথিবীগী ফীভম মতাসিদা ঈশ্বর যাওদবা সভ্যতা চংনদোবগী মদুত্তা পৃথিবীগী থৌশীলগী লুচিংবগী থবক্তু ভগবানগী ভক্তশিংদা শিন্নরবদি সর্ব্বশক্তিমান ভগবানগী রূপানা পৃথিবী পুম্বদা মীওইবগী থম্মোই মপূঙযানা হোংদোকপা য়াগনি, মরমদি ভগবান্গী ভক্তশিংদি সাধারণ মীয়ামগী মোৎলবা পূরীশিংদু শেংহন্নবা হোংদোকহনবদা ওস্বা ঙাক্তনি। হায়রিবা অসিগুম্বা থবক্কী সংস্থা অমা আন্তর্জাতীয় কৃষ্ণভাবনা সঙ্ঘ (*ISKCON*) হায়না কৌদুনা লিংখৎতুনা লৈবে। পৃথিবীগী রাজনীতি তৌবা মীশিংনা মখোয় নগোযগী মফমশিংদুদা অদুম লৈবা যাগনি মবমদি ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তশিংদি রাজনীতিগী লুচিংবা ওইনীদে অদুগা কুটনীতিগী জঞ্জালদা চঙনীংদে। ভক্তশিংনা পাম্বা হায়ববু সাধারণ প্রজাশিংবু রাজনীতিগী প্রচাবনা শেবান্নবা হোইবিদবা অদু উবনি অদুগা মীওইবা অমগী মমল য়াম্বা পুন্সিবু মমৈদা শোয়দনা শিগদবা সভ্যতা মখল অদু চৎতুনা মাঙগদোবদু মাঙদবা অদু উবনি। মরমসিনা রাজনীতি তৌবা মীশিংনা ভক্তশিংগী অকবা পাউতাক ইন্নবদি জগৎকী লৈরিবা ফীভমসিদা ভক্তশিংগী শেংদোকওস্বা প্রচারগী মতেঙনা হায়বদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা উৎলম্বা প্রচারগী মতেঙনা অহোংবা অমা পুরক্কনি। শ্রীশুকদেব গোস্বামী মহাক্কী স্তব অদু 'যৎকীর্ত্তনম্' হায়বা রাহৈসি নৈনরগা হৌরম্বগুম্না শ্রীচৈতন্য প্রভুসু ভগবান্গী পবিত্র নাম কীর্ত্তন-দনা থম্মোইগী অচৌবা অহোংবা অমা পুরক্কনি হায়না তাকপিরম্মী; মদুতনা মীওইবা জাতি মশেলগী মরক্তা ভাব তান্নদ্রিবসি মুৎপা য়াগনি। ভাব তানদবগী মৈসি মুৎলবা মতুংদা অতৈ অতৈ কান্নবা মযাম লাক্কনি। ঐখোয়না তম্লিবা পন্থুংদি তৎতনসু লাইরীকসিদা নৈনথ্রবা ভগবানগী নাক ইরান্যাই হায়বদুদা হনবনি।

ময়াম্না বৈষ্ণব ধর্ম্ম হায়না খঙনবা ভক্তি যোগগী মতুং ইন্না, কনাগুম্বনা ভগবানবু উপলব্ধি তৌনবা হোৎনবদা মহাকপু খিংবা লৈতে। মথক্তা হায়খিবহুনি, বৈষ্ণব অমনা মী অমবু করি হায়নি কিরাত অমবু ফাওবা বৈষ্ণব ওইহন্নবগী শক্তি চেল্লি। ভগবদগীতাদা (৯।৩২) ভগবানন্মক্তা হায়রি মহুদি ভগবদ্ভক্ত অমা ওইবদা করিমতা অথীংবা লৈতে (অতোনবা জাৎতা পোকপা নৎত্রগা স্ত্রীশিং, শূদ্রশিং অমসুং বৈশ্যশিং ওইরবসু) অমসুং ভক্ত অমা ওইরগা মীহুনা ভগবান্গী নাক মরানগাইদা হনবগী মতীক চাবা হায়বহু ওইগনি। চঙগদবা গুণ অমথক্তুংদি কৃষ্ণতত্ত্ব (ভগবদগীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্) মুন্না খঙবা শুদ্ধ ভক্ত অমদা চঙজবা হায়বসিতনি। পৃথিবীগী মফম অমদগী কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা মী অমনা শুদ্ধ ভক্ত ওইরকয়ি অহুগা মী ময়ামগী গুরু ওই অমসুং মীশিংগী থম্মোইগী অমোৎপা শেংদোকপীরগা মখোয়বু উদ্ধার তৌই। মী অমনা মহাপাপী ওইরবসু শুদ্ধ বৈষ্ণব অমগা সঙ্গ তত্তুনা তৌরগদি মহাকপু খুদক্তা শেংদোকপা য়াই। মরমসিনা বৈষ্ণব অমনা পৃথিবীগী লমদম অমদগী মপুক শেংবা মী অমবু মাগী জাতি বর্ণ অমা ওইগে ওইসনু শিষ্য ওইনা লৌশনবা য়াই অহুগা মাবু নিয়মব্রত চৎহল্লগা ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিগী ৱাংমদা লৈরবা শুদ্ধ বৈষ্ণব অমগী মফমদা থাঙ্গৎপা য়াই। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মসিদি নিয়মসি চৎলিবা মী মরক্তা ফাওবা তৎতনা চৎপা হায়বহু হৌজিক্তি চৎতবা য়াওরে। অহুগা হৌজিক সামাজিক, রাজনৈতিক অমদি আর্থিক ওইবা অহোংবা অমা লাকপসিদা বর্ণাশ্রমধর্ম্মসি অমূক নিংনবা হোৎনবসু ওইথোক্তবনি। দেশ অমগী চৎনবী রুহী য়েংলুদ্রবসু মী অমবু মাগী আত্মাগী কারণগীদমক বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লৌশনবা য়াই; আত্মাগী চাওখৎ লম্বীদা অথিংবা করিসু লৈতে। মরমসিনা ভগবান্ শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না শ্রীমদ্ভাগবতম্ অমদি ভগবদগীতাগী ধর্ম্মসি পৃথিবী পুম্বদা শন্দোকপা য়াই। ভক্তশিংনা তৌবা সাংস্কৃতিক প্রচার অসিগুম্বদি ৱাখল চুম্বা অমসুং থিজনগনবা মী পুম্নমক্তা লৌগনি, মখোয় মবন্নাই দেশগী রুহী য়েংদ্রবসু। বৈষ্ণব অমনা অতোপ্পা বৈষ্ণব অমবু লৌশনবা মতমদা মাগী মপোক্কী অহিকাব ওইনা লৌশনবগী ৱা লৈতে; মরমদি মহাক্তা মন্দির অমদা লৈবা ইষ্টদেববু চুম্নগী উনা শাবা মূর্ত্তি অমনি হায়না কদৌউদসু খন্দে। মতাঙ অসিদা চিংনবা পুম্নমক কোক্লবগীদমক শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবানদগী আশীর্বাদ পুম্নমক নিহুনা থুকমজথি (প্রভবিষ্ণবে নম)। সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবাননা মাগী ভক্তনা ভগবানগী মন্দিরদা লৈবা শ্রীবিগ্রহবু অর্চ্চনা (পূজা) তৌবদা ভক্তগী চন্নবা মওংগী সেবাবু লৌবিবগুন্না শুদ্ধ বৈষ্ণবকী দেহহু ভগবানগী সেবাদা হেক কথোকপগা অমসুং মতীক চাবা বৈষ্ণব অমনা শিক্ষা পঙা তৌবিবগা দিব্যভাব অমা যংভী। মতাঙসিদা বৈষ্ণবনা চৎকদবা নিয়মগী পাউতাক অহু মথাদা পীবিবসিনিঃ অর্চ্চ্যে বিষ্ণৌ শিলা-ধীর্, গুরুষু নরমতির্, বৈষ্ণবে জাতিবুদ্ধি শ্রীবিষ্ণোর্, নাম্নি শব্দ সামান্য-বুদ্ধিঃ। "মন্দিরদা লাৎলিবা ভগবানগী শ্রীবিগ্রহবু উকংগী অশাবা লাইনি হায়না খনফদে, গুরুবু মীচম অমনি হায়না খনফদে। বৈষ্ণব অমবু জাতি-বর্ণ অমদা চনবনি হায়নসু খনফদে। (পদ্মপুরাণ)।

খঙগদবা ৱাফম হায়ববু অসিনি মহুদি ভগবাননা সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা মরম্না ফীভম মতম খুদিংদা পৃথিবীগী লমদম অমদগীবু ওইরবসু কনাগুম্ববু মশামক্তা নৎত্রগা মাগী প্রকাশ ওইবা দীক্ষাগুরু অমগী মশক্তা লৌশনবা ঙম্মী। ভগবান্ চৈতন্যনা বর্ণাশ্রম চৎপা নত্তবা মী কাওলুপতগী ভক্ত কয়া লৌশল্লম্মী; অহুগা ঐথোয়দা তাকপীগে হায়বগীদমক, মহাক্তি (চৈতন্যমহাপ্রভুদি) বর্ণ-আশ্রম অমতদা য়াওদে হায়না লাউথোক্লম্মী, অহুবু মহাক ব্রজগোপীশিংগী প্রাণ-নাথ শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী মনাইগী মনাইনি হায়বম্মী। মসিনি আত্মা-উপলব্ধিগী মওংদি।

শ্লোক ১৯

**স এষ আত্মাত্মবতামধীশ্বরস্ত্রয়ীময়োধর্ম্মময়স্তপোময়ঃ।**
**গতব্যলীকৈরজশঙ্করাদিভির্বিতর্ক্যলিঙ্গো ভগবান্ প্রসীদতাম ॥১৯॥**

সঃ—মহাক; এষঃ—মসি ওই; আত্মা—পরমাত্মা; আত্মবতাম্—আত্মাবু উপলব্ধি তৌরবা মীশিংগী; অধীশ্বরঃ— পরমেশ্বর ভগবান্; ত্রয়ীময়ঃ—বেদ-অহুমগী মূর্ত্তিঃ ধর্ম্মময়ঃ—ধর্ম্মগী মূর্ত্তি; তপঃ ময়—তপকী মূর্ত্তি; গতব্যলীকৈঃ—তৌশন্নগন্দবা মীশিংনা; অজ—ব্রহ্মাজি; শঙ্কর-আদিভিঃ—ভগবান্ শিবনচিংবনা; কিতর্ক্য লিঙ্গঃ—য়েংতবমথৈ শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা য়েংলবা; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; প্রসীদতাম্—ঐবু চান্বিশনু।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক পরমাত্মানি অমসুং আত্মা-খঙলবা মীশিংগী পরমেশ্বরনি। মহাক বেদ-অহুমগী মূর্ত্তিনি, ধর্ম্মশাস্ত্র-শিংগী অমসুং তপশিংগী মূর্ত্তিনি। মহাকপু ব্রহ্মানা, শিবনা অমসুং তাৎ-তৌগন্দবা মীতাশিংনা লাংলী। অসুম্না শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা লাংলবা পরমেশ্বর ভগবান্দো অহুনা ঐবু চান্বিশনু।

## নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি পরমার্থগী তোঙান তোঙান্বা লম্বীদা চংলিবা মী পুম্নমকী ভগবান্ ওইববস্তু মাবু খঙবদি তাৎ-তৌগন্দবা মীতননি। মী খুদিংমক নিত্য শান্তি হায়বদি নিত্য জীবন ফংনবা থিবিবনি, মহুগীদমক মী খুদিংমক্না বেদশাস্ত্র নংত্রগা অতৈ ধর্ম্মশাস্ত্র নৈনৈ নংত্রগা জ্ঞানী ওইহুনা নংত্রগা যোগী নংত্রগা শুদ্ধ ভক্ত ওইহুনা তপ কন্না তৌনৈ। অহুবু পরমেশ্বর ভগবান্বু মপূঙ ফানা উপলব্ধি তৌবদি ভক্তশিংতনা তৌয়ি মরমদি মখোয়দি তাৎ-তৌদে। আত্মা-উপলব্ধি তৌনবা হোৎনবিবদি জ্ঞানী, কর্ম্মী, যোগী নংত্রগা ভগবদ্ভক্ত হায়না মখল মরি থোক্না চাউরাক্না থাযবি। বৈদিক যজ্ঞশিংগী সকাম কর্ম্মবু পান্বা কর্ম্মীশিংবু ভুক্তিকামী হাযবদি ইন্দ্রিযগী বিষয় ভোগ তৌনীংবা মী হায়না কৌয়ি। ভগবান্দা তিন্দুনা অমতা ওইবা পান্বা জ্ঞানীশিংবু মুক্তিকামী হায়বদি সংসারদগী ঙরান খুন্তম পান্বা মী হায়না কৌয়ি। অষ্টাঙ্গ যোগগী যোগীশিংনা মখল নীপানগী সিদ্ধি ফংননবা তপ মখল মথেল তৌযি, অদুনা মখোয়না সমাধিদা পরমাত্মা উনৈ; মখোয়সিগুম্বা যোগীশিংবু সিদ্ধি-কামী কৌই; সিদ্ধিশিংদি বুপ্লেন-কুপ্পা, লুম্লেন-লুম্বা, অপাম্বা খুদিংমক পাম্বগা হেক্তা ফংবা, মী খুদিংমকপু মথা পোলহনবা, অপাম-অপাম্বা পোৎ খুদিংমক পুথোকপা—অসিনচিংবনি। মসি পুম্নমক শক্তিচেনবা যোগী অমনা উম্মী। অদুবু ভগবদ্ভক্তনদি অসিগুম্বা অমতা মশাগী পেন্নবগীদমক্তি পামদে। মখোয়দি ভগবান্বু সেবা তৌবদা মপাম্মী মরমদি ভগবান্দি অচৌবনি অদুগা ভক্তাশিংনা জীবাত্মা ওইনা নিত্যকালগীদমক ভগবান্গী অংশ ওয়ি। মসুম্না আত্মাবু মপূঙ ফানা খঙবনা ভক্তবু নিষ্কাম ওইবদা হায়বদি মশাগীদমক করিমতা পামদবদা মতেঙ ওই; মতৌ অসুম্না ভক্তশিংবু নিষ্কামী হায়বদি অপাম্বা করিমতা লৈতবা হায়না কৌয়ি। জীব অমনা মাগী স্বরূপকী ওইবা ফীভম্না অপাম্বা অমতা লৈতবদি য়াদে (ভুক্তি কামী; মুক্তি কামী অমসুং সিদ্ধি-কামীশিংনা মশা মশাগী পেন্নবগীদমক কৈনো অমা পাম্মী), তৌইগুম্বসুং নিষ্কামী ভগবদ্ভক্তশিংদি ভগবান্গী পেন্নবগীদমক্তা পোৎ পাম্মী। মখোয়দি ভগবানগী য়াথংদমক ওইবা জাৎনি, অহুনা ভগবানমনা পেন্নবা হায়দুনা মখোয় মখোয়গী মথৌদু পাঙথোক্কবা হায়দুনা মতম পুম্বদা শেম-শাদুনা লৈ।

অহানবদা অর্জ্জুন অহু মশাগী পেনবদা পাম্বা মীতা অমা ওইনা মশাবু উৎলম্মী, মরমদি মহাক কুরুক্ষেত্রগী লালদা লাল তৌনিংলমম্রে, অদুবু মহাকপু নিষ্কাম ওইহনগে হায়দগীদমক্তা ভগবান্না ভগবদ্গীতা তাকখিঃ গীতাসিদা কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগ, হঠযোগ অমদি ভক্তিযোগ ব্যাখ্যা তৌরি। অর্জ্জুন-দি তাৎ য়াওদবা মীনিনা মাগী (লাল-তৌরোই হায়বা) বারেপ অহু হোংখি অমসুং লাল তৌগে (করিষ্যে বচনং তব) হায়দুনা ভগবান্বু পেলহনখি। মতৌ অসুম্না অর্জ্জুন নিষ্কাম ওইখি।

মফমসিদা ব্রহ্মা অমসুং ভগবান্ শিবগী খুদমসি থোইদোকপা ওইনা পল্লি, মরমদি ব্রহ্মাজিনে ভগবান্ শিবনে, শ্রীমতি লক্ষ্মীজিনে অহুগা কুমার মরিনে (সনক সনাতন-নচিংবা) মখোয়শিংসে নিষ্কাম বৈষ্ণব সম্প্রদায মরিগী লুচিংবশি। মখোযগী মশাদা তাৎ অমতা যাওদে। শ্রীল জীব গোস্বামীনা গতব্যালীকৈঃ হায়বা শব্দগী অর্থ প্রোজ্ঝিতকৈতবৈঃ হায়বদি তাৎ-য়াওদবশিং [বিশুদ্ধ (পূক্নীং-লোঙদবা) ভক্তশিং] হায়না হন্দোকই। চৈতন্যচরিতামৃতদা (মধ্য ১৯।১৪৯) হাযবিঃ

**কৃষ্ণভক্ত—নিষ্কাম, অতএব 'শান্ত'।**
**ভুক্তি-মুক্তি সিদ্ধি-কামী সকলি 'অশান্ত'॥**

তৌক-তৌরুবা পুণ্য কর্ম্মশিংগী ফল পাম্বা মীশিং, মুক্তি পামদুনা ভগবানদা তিন্নীংবা মীশিং, যৌগিক সিদ্ধি পাম্বা মীশিং—মখোযশিংদি অশান্তনি হাযবদি মপূক্নীং খোযদাদে মরমদি মখোয় মশা মশাগীদমক মখোয়না করিনো অমা পাম্মী, অদুগা ভক্তদি মপুঙযানা শান্ত ওই হাযবদি খোয়দাহুনদা লৈ, মরমদি মশাগী অপাম্বা অমতা লৈতে অদুগা ভগবানগী অপাম্বা অদুদা সেবা তৌগদবগী শেম-শাহুনা লে। মরমসিনা তাবকপা সিদ্ধান্তদি অসিনি মহুদি ভগবান্সে মী পুম্নমক্কীনি মরমদি কনামত্তনা মাগী মাগী অপাম্বদু ভগবান্গী ময়াথ নত্তনা পাঙথোকপা ঙমদে। অদুবু গীতাদা ভগবাননা হাযবগুম্বা (৮।৯), ফল পুম্নমক ভগবান্না পীবা ঙাক্লি; বেদান্তী, কর্ম্মকাণ্ডীয, ধর্ম্ম-নেতা পুম্নমক, তপ তৌবা মী অমসুং পরমার্থগী অকারম যিবা মী পুম্নমক্কী ভগবান্না অধীশ্বরনি মরুহংঙোনি। অদুবু মমৈদা মমৈদদি শাং তৌদবা ভক্তশিংদনা মহাকপু (ভগবানবু) যংঙী। মরমসিনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা ভগবানব ভক্তি সেবাগী হাসিবু কম্না হাযখ্রিবনি।

শ্লোক ২০

**শ্রিয়ঃ পতির্যজ্ঞপতিঃ প্রজাপতির্ধিয়াং পতির্লোকপতির্ধরাপতিঃ।**
**পতির্গতিশ্চান্ধকবৃষ্ণিসাত্বতাং প্রসীদতাং মে ভগবান্ সতাং পতিঃ ॥২০॥**

শ্রিযঃ লক্ষ্মীগী, পতি—মবুংঙো, যজ্ঞ—যজ্ঞগী; পতিঃ—মপু, প্রজাপতিঃ—মীযাম্বু যোকপা মপু, ধিয়াম—বুদ্ধিগী; পতিঃ মবুংঙো, লোকপতিঃ—গ্রহ উপগ্রহনচিংবা লোক পুম্নমক্কী মপু, ধরা—পৃথিবী, পতিঃ মপু; পতিঃ—মকোক; গতি চঙজফম, চ—সু; অন্ধক—যদু শাগৈগী নিংথৌ অমা; বৃষ্ণি—যদু শাগৈগী অহানবা নিংথৌ, সাত্বতাম্—যদুশাগৈগী; প্রসীদতাম্—চানবিয়ু, মে—ঐবু, ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ; সতাম্ ভক্ত পুম্নমক্কী; পতিঃ—মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংগী লাংনঙাই মবুংঙো, যদু শাগৈগী অন্ধক অমদি বৃষ্ণিগুম্বা নিংথৌশিংগী মপু অমসুং গতি, লক্ষ্মী পুম্নমক্কী মপুবোইবা, যজ্ঞ পুম্নমক্কী মপু, জীব পুম্নমক্কী লুচিংবা, বুদ্ধি লৌশিংগী মপু, প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত-নত্তবা) গ্রহলোক পুম্নমক্কী মপু, পৃথিবীদা পুঙথোক থোকবা অবতার ওইবিবা অদুগুম্বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু চানবিনা ওইসনু।

মৈনবোল

শুকদেব গোস্বামীদি গতব্যালীক শিংগী হাযবদি তাৎ-তৌদবশিংগী মবক্তা অমা ওইবনা মহাক মবক্লাই উপলব্ধি তৌরবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক অদু কোঙদোক্লি, মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান্নি মপুঙ ফাবা পুম্নমক্কী মপুশ্মি হায়না হায়রি। মী খুদিংনা মহাকপু লক্ষ্মীনা চানবিনবা হোৎনরি, অদুবু মীশিংহুনা খঙত্রিবদি শ্রীকৃষ্ণদু লক্ষ্মী পুম্নমক্কী কুংশিজববা মপুরোইবনি হাযবসিনি। ব্রহ্মসংহিতাদা হাযরি--ভগবান্না মাগী দিব্যধাম গোলোক বৃন্দাবন অদুদা সুরভি শম্মোমশিং শেল্লী অদুগা মহাকপু লক্ষ্মী কোটি

কোটিনা সেৱা তৌই। লক্ষ্মীশিংসি মহাক্কী অন্তরঙ্গ শক্তিগী মনুং চনবা হ্লাদিনী শক্তিগী প্রকাশ (শককোঙ) ওক্লি; ভগবান্না পৃথিবীদা কৃষ্ণধবিরকপা মতমদা মহাক্কী রাসলীলাদা মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিগী থবকশিংতুগী মচেৎ থরা উৎলম্মী, মহুনা প্রাকৃত যৌনভোগ তৌনীংলবা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী পুক্লীং চীংশন্নবা হায়তুনা। প্রাকৃত জগৎকী তুক্কচনঙাই ওইবা যৌন-জীবনবু মপুঙ কানা পামজ্রবা শুকদেবগুম্বা বিশুদ্ধ ভগবদ্ভক্তশিংনা ভগবান্গী হ্লাদিনী শক্তিগী থবক অসি যৌন-কর্ম্মগা মরী লৈনহন্দবমখৈ লৈনতুনা যৌন-জীবন্দা লুপ্পা সংসাবীগী ৱাখল্লা লাম্বা ফংজ্রবা প্রাকৃত-নত্তবা মহাও অমা তংলম্মী। প্রাকৃত জগৎকী যৌন-জীবন অসিনা জীববু মায়া পুন্নবগী মরম্নি, অদুগা শুকদেব গোস্বামীদি প্রাকৃত জগৎকী যৌন-জীবন অসি করিগুম্বা মতমদা পামথিদ্রি। অদুগম্মু ভগৱান্গী হ্লাদিনী শক্তিগী প্রকাশগা অসিগুম্বা লৈখা-তাবা থবক মরমশিংগা মরী লৈনদে। ভগৱান্ চৈতন্য নিয়ম চেৎপা সন্ন্যাসীনি, কয়ামুক চেৎলম্বগে হায়ববু মনাক্তা মুপী অমতা চুন্নদা থুকমজগে হায়বগীদমকফাও চঙহল্লমদে। মহাক্তি জগন্নাথগী মন্দিরদা দেব-দাসীশিংনা লাইথুরুম্বগী প্রার্থনা শরুলম্বতু ফাওবা শ্রবণ তৌখিদে, মরমদি মুপীনা শকপা ঈশৈ সন্ন্যাসীশিংনা তাহৈদে। অদুগদি নিয়ম চেৎপা সন্ন্যাসী ওইন-ওইনা ব্রজগোপীশিংনা পামজরম্বা সেৱা মঙংতুবু ভগবদ্সেৱা মকোক্লি হায়না তাকপীরম্মী। শ্রীমতি রাধারাণী অসিগুম্বা লক্ষ্মী পুন্নমক্কী মকোক্লি, মরমসিনা মহাক ভগবান্গী হ্লাদিনী শক্তি স্বরূপিনীনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা অমা নত্তে।

ৱেদগী কর্ম্মকাণ্ডদা পুন্সিগী খ্বাইদগী হেনবা কান্নবা ফংননবগীদমক যজ্ঞ মখল মখা তৌ হায়রি। যজ্ঞশিংতু তৌরগা ফংবা ববশিংতু লক্ষ্মীনা চান্বিতুনা পীবা ওাক্তনি, অদুগা ভগবান্দি লক্ষ্মীগী মপুরোইবা হায়বদি লক্ষ্মীবু মুংশিবা (কান্ত) ওইবনিনা যজ্ঞ পুন্নমক্কী মবুংঙোনি। যজ্ঞ মখল পুন্নমকপু ভোগ তৌরিবদো মহাক্লি; মরমতুনা ভগবান বিষ্ণুগী মিং অমনা যজ্ঞপতি কৌরিবনি। যজ্ঞপতিগীদমক থবক খুদিংমক তৌগদবনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি (যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণঃ)। মরমদি মতুম তৌ দ্রবদি কনাগুম্বগী থবক পুন্নমক জীববু মায়াবদ্ধ ওইহন্নবগী মরম ওইদৌরিবনি। ৱাথল শেরানৱা (বাল্মীকম্) কোক্তিবা মীশিংনা লাইনাওশিং পেলহন্নবা যজ্ঞ কয়া তৌয়ি, অদুবু ভগৱান্গী ভক্তশিংনদি যজ্ঞ মখল পুন্নমক্কী পরম ভোক্তাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণওনি হায়বসে মুন্না খঙঈ; মবমতুনা মখোয়না সঙ্কীর্ত্তন যজ্ঞ (শ্রবণং কীর্তনং বিষ্ণোঃ) হায়বা কলি যুগগী থোইদোকপা অমা ওইবা যজ্ঞসি তৌয়ি। কলিযুগদা অতৈ যজ্ঞ ঙাং তৌবদি থৌরাং রাৎপনে অদুগা অহৈবা পুরীং লৈতবনে ওইথোক্তে।

ভগবান্ ব্রহ্মানা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা হন্না পোকহল্লগা চাওখৎনবগীদমক যজ্ঞ তৌ হায়না মখোয়দা তাকপিখি হায়বসি ভগবদ্গীতাদগী (৩।১০-১১) ঐখোয়না খঙঈ। অসিগুম্বা যজ্ঞশিংসি তৌবনদি দেহগা আত্মাগা পুল্লপ পুন্না লৈতুনা হিংবদা কদৌঙৈদম্ম অৱাবা ফংলোই। মরৈদা মখোয়গী পুন্সিবু পবিত্র ওইহন্বা ঙমগনি। মখোয় অদুম আধ্যাত্মিক জীবন অমা ফংলকপা ঙমগনি; আধ্যাত্মিক জীবনসিনি মীওইবগী তশেংবা পুন্সিদি। মায়াবদ্ধ জীব অমনা ফীভম পুম্বদা যজ্ঞ, দান অমসুং তপ তৌবা হায়বসি তৌদবা য়াদে। অসিগুম্বা যজ্ঞশিংগী উদ্দেশ্যদি পরমেশ্বর ভগবান্ যজ্ঞপতিবু পেলহন্নবগীদমক্লি; মরমতুনা ভগবান্ প্রজাপতিসু ওইবনি। কঠ-উপনিষদ্কী মতুং ইন্না ভগবান্ অমতনা শীঙলাক ঙমদবা জীবশিংগী লুচিংবা মপনি। জীবশিংবু ভগবান্না য়োক্লিবনি (একো বহূনাং যো বিদধাতি কামান্)। মরমতুনা ভগবান্বু পরম ভূতভৃৎ হায়বদি জীব য়োকপা মকোক হায়রিবনি।

জীবশিংদি পূর্ব্বজন্মগী তৌৱকপা কর্ম্মগী মতুং ইন্না বুদ্ধি চেল্লি। জীব পুন্নমক্কী বুদ্ধি চপ মান্নদে মরমদি মখোয়গী বুদ্ধিগী নিয়ন্তাদি শ্রীভগবান্নি হায়বসি ভগবদ্গীতানা হায়রি (১৫।১৫)। পরমাত্মা ওইনা ভগ-বান্না জীব খুদিংগী থম্মোইদা ঙাম্মোইরি অমসুং মঙোন্দগী জীবগী নীঙশিংবা, খঙবা অমদি কাউবা হায়বতুগী

শক্তি থোরকপনি (মত্তঃ স্মৃতির্জ্ঞানমপোহনংচ)। ভগবান্‌গী কৃপা লৈরবদি কনাগুম্বা মীনা মাগী নহাল মপোক্কী থবকশিংদু নীঙশিংবা ওন্মী অতৈনা ঙমত্রবমু। ভগবান্‌গী কৃপামা কনা অমনা য়াম্না বুদ্ধি থোৌবা ওইবা য়াই অদুগা কনা অমনা ভগবান্‌গী খুজিল মতুং ইন্না মুর্খ অমা ওইবা য়াই। মরমদুনা ভগবান্না 'ধিয়াম্-পতি' হায়বদি বুদ্ধিগী মপু ওইরিবনি।

মায়াবদ্ধ জীবশিংনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইনবা হোৎনৈ। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী লৈজবা বুদ্ধি পুম্নমক শীজিন্নদুনা প্রকৃতিগী মপু ওইনবা হোৎনরি। বদ্ধ জীবনা মবুদ্ধিবু অসুম্না শেরাম্নরা শীজিন্নবসিবু ঙাওবা কৌয়ি। ঐখোয় খুদিংগী বুদ্ধিদি মায়াগী মথুত্তগী লাম্লোকুবা হোৎনবদা মপূঙফানা শীজিন্নগদবনি। অদুবু বদ্ধ জীবনা ঙাওবদগী মাগী মপাঙ্গল অমদি বুদ্ধিদু লোইনমক ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা শীজিন্নখোকয়ি, অদুগা মদু পাঙথোকুবা তৌবদা নত্ত-নত্তবা থবক জাৎ শুনা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা তৌয়ি। মদুগী ফল ওইনা অপন্-অরাক লৈতবা মপুঙ ফাবা নীঙতমগী পুন্সি অমা ফংবগী মতুত্তা অঙাওবা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা প্রাকৃত দেহ লৌদুনা হনজন্ হনজন্ বদ্ধ ওই। প্রকৃতিদা ঐখোয়না উরিবা পোৎ খুদিংমক ভগবান্না শেম্বা ঙাক্তনি। মরমদুনা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা লৈবিবা পোৎ খুদিংগী অশেঙবা মপুদি মহাক্নি। বদ্ধ জীবনা ভগবান্‌গী খুজিল মতুং ইন্না প্রাকৃত সৃষ্টিগী মচেৎ অমতং ভোগ তৌবা য়াই, অদুবু ওক্রবদি ফংদে। মদুনি ঈশোপনিষদ্‌না তাক্লিবা। ধরাপতি (পৃথিবীগী মপু) ওইরিবা মহাক্না পীবিবা পোৎ ময়ামদুতনা জীব খুদিংমক পেন্নবা হোৎনগদবনি। অদুবু ঐখোয়না ঙাওবদগী অমনা অমগী প্রাকৃত লন-শন্নক অদু করাম চাওশল্লি।

জগৎপতি ভগবান্না মায়াবদ্ধ জীবশিংবু সুংশিবদগী ভগবান্ মহাকমক্কীদি কান্নদ্রবমু মাগী (আত্মমায়া হায়বা) শক্তি শীজিন্নদুনা মহাক্না মায়াবদ্ধ জীবশিংগা মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধদু অমুক নোৌহৌনা লৈহন্নবা হায়দুনা অবতার তৌবিবৈ। মহাক্কী খুজিল মথাদা লৈরিবা পোৎ-চৈবু খবদং ভোগ তৌগে হায়না ওইরোইদৌবদা অওইবা শ'না হায়গদৌবগী শক্তকপুদি জীবনা মক্তা মছাবু ভগবান্‌গী মফমদা আত্ম সমর্পণ তৌগদবনি (কৎথোক্কদবনি) হায়না ভগবান্ মছামক্না তাকপিরি। মহাক্না অবতার তৌরম্বা মতমদা মাগী ভোগ তৌবগী শক্তিনা কয়া হেল্লি হায়বদু মহাক্না প্রমাণ তৌদুনা উৎলি; মহাক্কী ভোগ শক্তিদু (খুদম ওইনা) লৈমা লীশীঙ তরাতঙক পুন্নপা মতম অমতদা লুহোংদুনা তাক্লমী। মায়াবদ্ধ জীবনা সুপী অমগী মপুরোইবা ওইবা ফংলে হায়না চাওপোকচবা শাই, মদুদা ভগবান্না নোকয়ি; বুদ্ধি লৈবা মীদি সুপীগী মপুরোইবা অশেঙবা কনানো হাযবদু খঙি। তশেংবদি ভগবান্না মাগী সৃষ্টিগী মন্নঙদা লৈবা সুপী পুম্নমক্কী মপুরোইবনি, অদুবু বদ্ধ জীবনা ভগবান্‌গী খুজিল মথাদা লৈনা লৈনা সুপী অমা নৎত্রগা অনীরোমদগী মরা-মপুরোইবা ওইরগদু চাওথোকচবা শাই।

শ্লোকসিদা পল্লিবা 'পতি' মথল কয়ামুক্কী গুণশিং অসি শ্রীকৃষ্ণগী ঙাক্তনি, মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীনা বিশেষ ওইনা যদুবংশগী 'পতি অমসুং গতি' হায়না পল্লিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা লোইনমক্লি হায়বসি যদু-শাগৈগী মী পুম্নমক্না খঙলম্মী অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মর্ত্তলোকদা শাম্নরম্বা মাগী লীলা লোয়রবা মতমদা মখোয় লোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা হন্নীংলম্মী। যদুবংশ তুমখিবদো ভগবান্‌গী ইচ্ছাননি মরমদি মখোয়দো ভগবান্‌গা লোয়ননা য়ুম্নদা হনবা তারম্মী। যদু শাগৈ তুম্বদু পরমেশ্বর ভগবান্না ওইহনবা প্রাকৃত ওইবা মউৎ অমনি, অমরোমদা হায়রগা ভগবান্‌গা যদুশাগৈগী মীশিংদুগা লৈনবা মরীদি মখোয় মরামদো ভগবান্‌গী নিত্য পরিকর ঙাক্তনি। মরমদুনা ভগবান্দি ভক্ত পুম্নমক্কী লমজিংবনি, মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীনা ভগবান্দা প্রেমগা লোয়নবা থৌনবী ভক্তি উৎলম্লিবনি।

শ্লোক ২১

**যদঙ্ঘ্র্যভিধ্যানসমাধি-ধৌতয়া ধিয়ানুপশ্যন্তি হি তত্ত্বমাত্মনঃ।**
**বদন্তি চৈতৎ কবয়ো যথারুচং স মে মুকুন্দো ভগবান্ প্রসীদতাম্ ॥২১॥**

যৎ-অঙ্ঘ্রি--মহাক্কী খোঙ-থম্বাল; অভিধ্যান—মীৎকুপ খুদিং থন্‌বা; সমাধি—ৱাম্ববা; ধৌতয়া—চামথোক্লবা, ধিযা—বুদ্ধিনা; অনুপশ্যন্তি—উই; হি—লেপ্পমক; তত্ত্বম্—তত্ত্ব; আত্মনঃ—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী অমসুং কনাগুম্বা অমগী মছামক্কী (আত্মাগী); বদন্তি—মখোয়না হায়নৈ; চ—সু; এতৎ—মসি; কবয়ঃ—কবিশিং; যথা-রুচম্—মহাক্না থন্‌জবা; সঃ—মহাক; মে—ঐগী; মুকুন্দঃ—শ্রীকৃষ্ণ ( লান্‌বীহৈবা); ভগবান—ভগবান্; প্রসীদতাম্—ঐবু পেন্‌বিসনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুক্তি পীনহৈবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি। মীৎকুপ খুদিং মাগী খোঙ থম্বালবু থল্লগা, মহাজনশিংগী পুন্থুং ইল্লগা ভক্তনা সমাধিদা আত্মতত্ত্ববু (অদ্বয়তত্ত্ববু) থঙবা ঙম্মী। কবিশিংনা মখোয় মখোয়না পাম্নজবা মতুঙ ইন্না মহাকপু থন্‌জে। অদুগুম্বা ভগবান্না ঐবু চান্‌বীবা ওইসনু।

নৈনৱোল

অষ্টাঙ্গযোগগী যোগীশিংনা য়াম্না ৱানা হোৎনবগা ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা তুংদা জীব খুদিংদা লৈরি অন্তর্যামী পরমাত্মাবু দর্শন ফংনবা সমাধিদা চঙঙী, অদুবু শুদ্ধ ভক্তদি মীৎকুপ খুদিংদা ভগবান গী খোঙ থম্বালদু খুদক্কা সমাধিদা লুপ্পনা মাগী মন অমসুং বুদ্ধিদুদা ভববোগ (তাইবং-ইবাং কে বা লায়না) অদু মচেৎ অমফাওবা লৈত্রে। অশেঙবা ভক্তদি পোকপা-শিবগী মহাসমুদ্রদা তাদুনা লৈরে হায়না খঙ্গে অদুগা মহাকপু ঈপাক্লিদগী লৌখৎপিয়ু হায়না ভগবান্দা লেপ্পা নাইদনা প্রার্থনা তৌজে। মহাক্না পানজবা হায়ববু ভগবান্‌গী খুযা-থম্বালগী প্রাকৃত নত্তবা উফুল মরিক অমা ওইজবা অদুতনি। ভগবান্‌গী কৃপানা শুদ্ধভক্তদি সংসারগী ভোগনা চিংবা ঙমদে অদুনা সংসার ইবাংগী অমোংপদগী নাম্থোক্লনা হায়দুনা ভগবান্‌গী খুযা-থম্বান্তবু মতম পুম্বদা ধ্যান তৌদুনদা লৈ।

ভগবদ্ভক্ত অচৌবা নিংথৌ কুলশেখরনা অসুম্না প্রার্থনা তৌজখিঃ—

**কৃষ্ণ ত্বদীয়পদ পঙ্কজ-পঞ্জরান্তম্ অদ্যৈব মে বিশতু মানস-রাজহংসঃ।**
**প্রাণপ্রয়াণ-সময়ে কফবাতপিত্তৈঃ কণ্ঠবরোধন বিধৌ স্মরণং কুতস্তে ॥**

"হে ইবুংঙো কৃষ্ণ, ঐগী পুক্নীং-কাঙনা নঙগী খোঙ-থম্বান্দা লুপ্পনবা ঙসিমক চঙলসনু হায়না প্রার্থনা তৌজরি। নত্রগদি ঐগী থরাই থাবমদায়গী মতমদা লোক-লুংশীং-পিত্তনা থনাও ফুল্লবা মতমদা নহাকপু নীঙশীংবা কদায়দগী য়াগবনো ?"

কাঙভগা থম্বাল মখোক্কা মরী নক্লবা অমা লৈ। অদুনা চাংদম্নরিবসি য়াম্না যুৎচাবনি। কাঙভ ওইদ্র-বদি হায়বদি পরমহংস ওইদ্রবদি ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বান্দা চঙবা ঙমদে। ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি--জ্ঞানী-শিংনা লাইৱীক ফনা হৈদুনসু মতম্না লৈবিবমখৈ থন্দুনসু অদ্বয়তত্ত্বদু মমঙদফাওবা উবা ঙম্মোই। অসিগুম্বা জ্ঞানীশিংগী মফমদা ভগবান্না মশাবু ফোংদোক্তবগী অধিকাব থাক্তুনা থম্মী। মখোয়না ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বান্দা চঙবা ঙমদবনিনা মখোয়না সিদ্ধান্ত মযাম লৌয়ি অদুগা মমৈদা মত মথল মথলশিংদুবু লম্বী তোঙান-তোঙানবনি মী মীদুগী অপাম্বা মতুং ইন্না (যথা-রুচম্) হায়না আপোব তৌনৈ। অদুবু ভগবান্দি জ্ঞানীশিংদু মত শিন্দোক শিনজিন্‌গীদমক পোৎ-লৈবা লাকপা মী পুম্নমকপু পেলহন্নবা হোৎনরিবা দোকান্দারদি নত্তে। ভগবান্দি মানা ওইৱিবদুমক্তি, অদ্বয়তত্ত্ব পবমেশ্বর ভগবান্নি অদুনা মহাক্না মী খুদিং-মকপু মঙোন্দদা পুঙকং-কংথোকচরো (সমপূর্ণ আত্ম-নিবেদন তৌরো) হায়। অদুগা শুদ্ধ ভক্তদি হৌখিবা

আচার্য্যশিংনা চৎলম্বা মত মতুং ইল্লা গুরুগী কৃপানা পরমেশ্বর ভগবানবু দর্শন তৌবা ফংজে (অনুপশ্যন্তি)। শুদ্ধভক্তশিংদি ভগবানবু রাখল্লা উননবা থক হোৎনদে, মখোয়দি আচার্য্যশিংগী খুদুং ইল্লগা ভগবানগী দর্শন ফংনবা হোৎনৈ (মহাজনো যেন গতাঃ স পন্থাঃ)। মরমসিনা বৈষ্ণব আচার্য্যশিংগী মরক্তা ভগবানগা মাগী ভক্তশিংগগী মরমদা সিদ্ধান্ত থেল্লদে। জীবদি ভগবানগী নিত্যদাসনি হায়বসি শ্রীচৈতন্য ভগবান্না হায়রম্মী অদুগা অনীসি মতম অমতদা খেন্নসু থেল্লে খেন্নসু থেল্লদে হায়রম্মী। শ্রীচৈতন্য প্রভুনা তাক্লম্বা তত্ত্বসি বৈষ্ণব সম্প্রদায় মরিমক্তা চপ মান্ননা য়ারিবনি (জীবনা ভগবানগী দাস ওইবসি মোক্ষগী মতুংদসু অদুম ওইগদবনি হায়বা মতসি লৌরগা)। অদুনা ভগবানগা জীবগা অমতনি হায়বসি মত অসি লৌনা ময়াম্না য়ানরবা বৈষ্ণব আচার্য্যশিংগী মনুংদা কনামতা য়াওদে।

ভগবানগী সেবাদা মপুংফানা মশাবু চংহল্লবা শুদ্ধভক্তগী নম্রতাসিনা (নোল্লুক অসিনা) ভগবদ্ভক্তবু সমাধিদা থম্মী অদুগা মতাংচুদা ভক্তনা লোইনা উপলব্ধি তৌবা ঙম্মই. মরমদি ভগবদগীতাদা হায়রগুম্না (১০।১০) ভগবান্না মাগী শুদ্ধভক্তগী মফমদা মশক উংলী। ভগবান্দি মী খুদিংগী (ভক্ত-নত্রবা মীপী-ফাওবা) বুদ্ধিনা উবা ভগবান্নিনা মহাক্কী ভক্তদা চপ চানা বুদ্ধি পীনবী, অদুনা শুদ্ধ ভক্তনা ভগবৎ-তত্ত্ব অমসুং মাগী অনন্ত শক্তিগী তত্ত্ব পুম্বা অদুম খঙবা ঙম্মী। অদ্বয় তত্ত্বগী মরমদা রাখল থনবা হৈবনা নৎত্রগা রাঙাঙ হৈবনা ভগবানবু থোবকহনবা ঙম্বা নত্তে। অদুগা ভক্তগী সেবা তৌনীংবগী মতৌদা ভগবান্না মপুং ফানা পেন্নগদি ভক্তদুগী মফমদা ভগবান্না থোরক্তুনা দর্শন ফংহল্লি। শুকদেব গোস্বামীদি মনোধর্ম্মী জ্ঞানীসু নত্তে অদুগা 'যত মত তপথ' হায়দুনা সমন্বয় পুবরুবা তৌবা মীতাসু নত্তে। অদুনা মহাক্তি ভগবান্দদা থুকমজে ভগবান্না পেন্ননবা হায়দুনা; মদুম তৌবতনা ভগবানবু খঙনবা লম্বীনি।

শ্লোক ২২

**প্রচোদিতা যেন পুরা সরস্বতী বিতন্বতাজস্য সতীং স্মৃতিং হৃদি।**
**স্বলক্ষণা প্রাদুরভূৎ কিলাস্যতঃ স মে ঋষীণামৃষভঃ প্রসীদতাম্ ॥২২॥**

প্রচোদিতা—থৌইন্সল্লবা; যেন—মহাক্না; পুরা—সৃষ্টি হৌবা মতমদা; সরস্বতী—মহৈগী মবেম্মা হীবৈমা; বিতন্বতা—শন্দোকখি; অজস্য—ইহান্-হানবা জীব ব্রহ্মা; সতীম স্মৃতিম্—শক্তি-চেনবা মনীঙশীং; হৃদি—থম্মোইদা; স্ব—মহামক্কী; লক্ষণা—অতম্নযম ওইনা লৌবা, প্রাদুরভূৎ—পোকহনখি; কিল—গুম্না; আস্যতঃ—চীন্দগী; সঃ—মহাক্না; মে—ঐঙোন্দা; ঋষীণাম—জ্ঞান-পীবশিংগী; ঋষভঃ—মকোক; প্রসীদতাম্—পেন্নবিসনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কল্প হৌরকপদা ব্রহ্মাগী থম্মোইনুংদা সৃষ্টিগী রা নীংশীংহল্লগা মহাক্না পৌইসল্লবী বেদগী মশক ওইবী সরস্বতীনা ব্রহ্মাগী চীন্দগী থোরকখি হায়নৈ অমসুং সরস্বতীদুনা শ্রীকৃষ্ণবুদা লাংনঙাইনি (উপাস্যনি) হায়না অতম্নখি। অদুগুম্বা জ্ঞান-পীবশিংগী মরক্তা মকোক ওইরিবা শ্রীভগবান্না ঐবু চানবীবা ওইসনু।

নৈনরোল

ভগবান্না ব্রহ্মাদগী হৌরগা পীক্রবা ককচেংনচিংবা জীব পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইদুনা লৈরগা ভগবান্না জীব খুদিংমক্তা মাগী মাগী চঙগদবা জ্ঞানদু পীনবী হায়বসি ঐখোয়না নৈনখ্রে। ফংবা য়াবা জ্ঞানগী শরুক চামদা ৫০—৬০ নৎত্রগা ৭৮ ফাওবা ভগবান্দগী জীব অমনা জ্ঞান চেন্নবদা য়াই। জীবদি ভগবান্গী শরুক মচা অমতনিনা ভগবানগী লৈবা জ্ঞান পুম্নমক লোশনবা ঙমদে। মায়াগী মথা পোল্লিজৈদা শিন্দুনা হকচাঙ অমা হোৎলবা মতুংদা জীবনা মমাঙগী রা লোইনা কাউয়ি। জীব খুদিংগী

থম্মোইনুংদগী ভগবান্না অমূক জ্ঞান অসি পোকহল্লী, মসি জ্ঞান থোরকপা হায়না থগুনৈ, মরমদি মসিবু তুয়্‌বদগী নত্রগা জ্ঞান মাঙলুবদগী মীংকপ থোরকপগা চাংদম্নবা য়াই। জ্ঞান অমূক হন্না থোরকপা হায়বদি ভগবান্ মথা পুরা পোন্‌বনি; মরমন্থুনা ঐথোয়না তোঙান্-তোঙান্‌বা মীগী তোঙান্ তোঙান্‌বা জ্ঞানগী থাক উবা ফংলিবনি। জ্ঞান পোকপসি মথন্তা ওইরকপস্থু নত্তে নৎত্রগা প্রাকৃত গুণশিংগী থেংনবগী ফলস্থু নত্তে। থোরকফমসি ভগবান্ মহামক্লি (ধিয়াং পতিঃ), মরমদি ব্রহ্মা ফাওবা ভগবান্‌গী নিয়মস্লিগী মথা পোল্লিবনি। সৃষ্টি হৌরকপদা ব্রহ্মাসি মমা মপা য়াওদবমথৈ পোকপনি মরমদি ব্রহ্মাগী মমাঙদা জীব অমতা লৈরমদে। ব্রহ্মাসি গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী খোয়দোদা হৌবা থম্বান্দগী পোকপনি, মরমথুনা মহাকপু অজ হায়না থগুনৈ। ব্রহ্মা হায়বদি অজ অসি ভগবান্‌গী অংশ ওইবা জীব অমনি, অদুবু ভগবান্‌গী শুদ্ধতম ভক্ত অমা ওইবনা, ভগবান্না প্রকৃতিগী থোঙদা অহান্‌বা সৃষ্টি তৌরবগী মতুংদা ব্রহ্মাবু সৃষ্টিগী থবক তৌহন্নবা থৌজন্নখি। মরম-সিনা ব্রহ্মাস্থু প্রকৃতিস্থু ভগবান্‌গী মথা পোন্দবা অমতা য়াওদে। প্রাকৃত বৈজ্ঞানিকশিংনা প্রকৃতিগী থবক-শিংথু থোকহন্নকপগী মরম থগুবদি লৈতনা প্রকৃতিগী থবকশিংবু উবদমক গুম্বনি, মথুদি অঙাঙ মচা অমনা বিজুলি শঙগী ইঞ্জিনিয়র অমা লৈ হায়বা থগুবদি থগুদ্রগা বিজুলিগী থবক উবগুম্বনি। প্রাকৃত বৈজ্ঞানিক অমগী মপুঙ ফাদবা জ্ঞান অসি জ্ঞানগী শরুক য়াংপা মরম্মনি। মরম্‌সিনা ইহান্ হানবদা বৈদিক জ্ঞান অদু ব্রহ্মাগী গর্ভদা হান্‌জন্‌খি, অদুদগী ব্রহ্মানা বৈদিক জ্ঞান য়েন্থোকখিবা মাল্লে। বৈদিক জ্ঞানগী মরমদা খঙবা জীবদি ব্রহ্মানা অহান্‌বনি হায়বসিদা চিংনঙাই লৈতে, অদুবু তশেংবদি ভগবান্না ব্রহ্মাবু দিব্য জ্ঞান অসি লৌশন্নবা প্রেরণা পীখিবনি মরমদি জ্ঞান অসি ভগবান্দগী থোকখিবনি। মরমথুনা বেদবু অপৌরুষেয়-নি হায়বদি জীব অমতনা পুথোকখিবা নত্তে। সৃষ্টিগী মমাঙদা ভগবান্দমক লৈরম্মী (নারায়ণঃ পরোব্যক্তাৎ), মরমথুনা ভগবান্না ঙাঙথোক্লকপা য়াহৈদি প্রাকৃত নত্তবা শব্দগী মনিল ঙাক্লি। শব্দ (খোন্) মথল অনী হায়বদি প্রাকৃত অমস্থুং অপ্রাকৃত (প্রাকৃত নত্তবা) শব্দ অনীসি য়াম্না খেন্নৈ। পদার্থ বিজ্ঞানবিৎ থগুলিবদি প্রাকৃত আকাশতগী থোরকপা প্রাকৃত শব্দদনি, মরমথুনা ঐথোয়না থগুকম থোকপদি থুদম্নবা য়াহৈনা ফোঙ-দোক্লিবা বৈদিক শব্দ বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা কনামতনা থগুবা ঙম্মোই, মথু থগুবা তারবদি ভগবান্দগী ব্রহ্মাদা, ব্রহ্মাদগী নারদদা, নারদদগী ব্যাসদা তৌথুনা মথঙ মথঙ পীথরকপা অপ্রাকৃত শব্দথুনা অনুপ্রেরিত (থৌজল্ল-কপা) ওইরবদা থগুগদবনি নৎত্রবদি য়ারোই। প্রাকৃত পণ্ডিত অমতনা বৈদিক মন্ত্রশিং অনুবাদ তৌবা নৎত্রগা মথুগী অওইবা অর্থ অমতা হায়বা ঙম্মোই। মতীক চারবা গুরুনা প্রেরণা পীদ্রবা নৎত্রগা দীক্ষা পীদ্রবদি কনামতনা মন্ত্রশিংসিগী অর্থ থগুলোই। ইহান্ হান্‌বা গুরুদি ভগবান্ মহামক্লি, অদুদগী পরম্পারা হায়বদি মথঙ মনাও নাইনা লাকপনি হায়না শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী মরীশুবা অধ্যায়দা হায়রিবথুনি। মরম-সিনা ময়াম্না য়ানরবা পরম্পারাদগী অপ্রাকৃত ওইবা জ্ঞান অসি লৌদ্রবদি মহাকতো কাগ্রবনি (বিকলমতঃ), মহাক পার্থিব ওইবা কলা নৎত্রগা বিজ্ঞানগী চাউরবা পণ্ডিত ওইদুনস্থু।

শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎগী য়াহংশিংথুগী পাউথুম চুম্না খুম্বা ঙম্নবা হায়থুনা ভগবান্দগী অনুপ্রেরণা ফংননবা হায়থুনা ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজরম্মী। দীক্ষা গুরু হায়বসি মরম্নাই মত-বাদ পুথোকপা প্রাকৃত পণ্ডিতকুম্বা মীতা নত্তে, মাদি শ্রোত্রিয়ং ব্রহ্মনিষ্ঠম্ ওইগদবনি।

শ্লোক ২৩

**ভূতৈর্মহদ্ভির্য ইমাঃ পুরো বিভুর্নির্মায় শেতে যদমূষু পুরুষঃ।**
**ভুঙ্‌ক্তে গুণান্ ষোড়শাত্মকঃ সোঽলঙ্কৃষীষ্ট ভগবান্ বচাংসি মে ॥২৩॥**

ভূতৈঃ—(মৈ-ঈশীং-স্নুংশীংনচিংবা) ভূত মঙানা; মহদ্ভিঃ—প্রাকৃত সৃষ্টিগী; ইমাঃ—ময়ামসি; পুরঃ—হকচাঙশিং; বিভুঃ—ভগবান্‌গী; নির্মায়—শাগৎলগা; শেতে—চেল্লী; যৎ অমুষু—মথোয়থুদা; পুরুষঃ—

—ভগবান্ বিষ্ণু; ভুঙ্‌ক্তে—ঙাল্লি নৎত্রগা ঙাক্লি; গুণান্—প্রাকৃত গুণশিং; ষোড়শ—শরুক তরাতরুক থোক্লা; ষোড়শ-আত্মকঃ—তরাতরুকসিগী থোরকফম ওইবা; সঃ—মহাক; অলঙ্ক্ষীষ্ট—লৈতেং ওইসনু; ভগবান্—ভগবান; বচাংসি—ৱাহৈশিং; মে—ঐহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনচিংবগী হকচাঙ শারগা মহুগী মনুঙদা অন্তর্য্যামী ওইনা লৈরগা হকচাঙ পুম্নমকহুবু মহৈ য়াল-হল্লিবা ভগবান্ মহাক, অহুগা পুরদা (হকচাঙমুংদা) লৈ হায়হুনা পুরুষ হায়না খঙনরবা মহাক, অহুগা ইন্দ্রিয় তরামাথোইগা মহাভূত মঙাগী মশক ওইনা তরাতরুকসিগী চৈতন্য ফোঙদোকপা আত্মা ওইনা ঙাম্মোইরিবা অমসুং সাক্ষীগী মশক ওইনা নপশন্‌বদি নত্তনা য়েংবদনা মথোযশিংবু ভোগ তৌরিবা মহাক অহুনা ঐগী ৱাহৈশিংবু লৈতেংসনু।

নৈনরোল

ভগবানগী মপান্ পুন্না তাংবা ভক্ত অমগুম্না শুকদেব গোস্বামীনা (মপাঙ্গলগীদমক চাওথোক্কনবা মীচমগুমদবা ওইবনা) মহাক্কী বচন পুম্নমক মহৈ যানবা ওইহনবিযু অমসুং মযাম্না তারগা লৌবা যাবা ওইহনবীযু হায়না পরমেশ্বর ভগবানদা মহাক্না খুরুম্লিবনি। ভক্তদি করিগুম্বা থবক পাঙথোকপা মতমদা মহাক মশাবু ভগবানগী খুৎলাই অমা ওইনা শীজন্নরগা থবক পাঙথোকপনি হায়না খঞ্জে অহুনা মহাক্না তৌবা থবক্কী মমাহু মানা তৌবননি হায়না শীঙথাদে। নিরীশ্বরবাদীনা (ঈশ্বর থাজদবা মীনা) থবক পুম্নমক মানা তৌবনি হাযনা শীঙথায়, করিনা মহাক্তি নাপী মকা অমনা লেঙবফাওবা পরমেশ্বর ভগবানগী যাথং নত্তনদি য়াবা নত্তে হাযবসি খঙদে। মরমহুনা শুকদেব গোস্বামীদি বৈদিক জ্ঞান ঙাঙথোক্লবা ব্রহ্মাবু অন্নপ্রেরণা পীথিবা অহুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান্‌না তাকপীবা য়াথংতনা থবক খুদিংমক চৎথবা পাম্মী। খঙদবা মী কাঙবু অমনা খনবা মতুং ইন্না বৈদিক সাহিত্যাশিংদা হায়বা অচুম্বা ৱাশিংহু (সত্যশিংহু) মীওইবনা খল্লগা পুথোরকপা বানি অহুগা শাশন্নবা ৱানি হায; তশেংবদি মথোযনা হায়রিবহু লাল্লি। বেদনা হাযবা সত্যশিংদি অৱাল-অচুই অমতা য়াওদবা অচুম্বহুগী চপ-চাবা ৱা ঙাক্তনি, শুকদেব গোস্বামীনা সৃষ্টিগী তত্ত্বু দার্শনিকশিংগী অশিবিদ্যাগী (*metaphysics*) ওইবা মত ওইনা নত্তনা পুথোকনীংখি, ভগবান্‌না ব্রহ্মাদা তাকপীখিবহুগুম্না মঙোন্দসু তাকপীরক্কদৌবা মওংদা সৃষ্টি তত্ত্বহু পুথোকনীংঙী। ভগবদ্গীতাদা (১৫।১৫) বেদান্তগী সিদ্ধান্ত পুম্বা ভগবান্‌না পুথোকপনি হায়রি অহুগা বেদান্তগী অশেংবা তত্ত্ব খঙবসু মহাক্তনি হাযরি। মরমসিনা বেদদা হায়রিবা ধর্মতত্ত্বসি নত্তনা হেন্না চুম্বা তত্ত্ব অমা লৈত্রে। অসিগুম্বা বেদগী জ্ঞানদি শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মহাজনশিংতনা শন্দোকই মরমদি মহাক্তি ভগবানগী নোনজবা ভক্ত সেবক অমনি, অহুগা মহাক্তি প্রামাণিক ওইদবা চুম্নগী মরম্মাই চোংথোকচরকপা ব্যাখ্যাতা অমসু ওইজনীংবা মী নত্তে। অহুনা বৈদিক জ্ঞানদি পরম্পরাগী মথঙ মথঙ ফংনরকপা পোৎ ওইনা ব্যাখ্যা তৌগদবনি।

প্রাকৃত ওইবা পোৎ অমতা (কনাগুম্বগী মরম্নাই হকচাঙ নত্রগা উহৈ অমা নত্রগা লৈরাং অমা ওইরবসু) অপ্রাকৃত বস্তুগা শম্নবা নত্তনা মথন-মথস্তনা ফজনা হম হম চাউন। হৌজবা ঙমদে হায়বসি অখঙবা মীনা খঙঙী। পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না বুদ্ধি-লৈবা মীনা নৎত্রগা খ্বাইদগী হৈবা বৈজ্ঞানিক অমনা পোৎ অমবু য়াম্না ফজনা পুথোকপা ঙম্বদি আত্মাগা (প্রাকৃত নত্তবা পোৎকা) শম্নবা মরমদগীনি। মরমহুনা তত্ত্ব পুম্নমক্কী থোরকফমদি ভগবান্‌তনি, অহুনা জড়বাদী সংসারীশিংনা হায়রিবা জড়বস্তুনা থোরকফম নত্তে। ভগবান্ মশামক্না প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা চঙলগা কোম্বংদা মথঙ মথঙ ওইরকপনি হায়বসি ঐথোয়না বেদদগী খঙঙী। মতৌ অসুম্না ভগবান্‌না জীব খুদিংদা পরমাত্মা ওইনা লৈ; মরমহুনা মহাক্না

থবক খুদিংমক নীঙথিনা তৌখ্রনি। সৃষ্টিগী পোৎলম্ তরাতক্তক হায়বদি লৈপাক, ঈশীং, মৈ, মুৎশিং, আকাশ (মালং) অদুগা ইন্দ্রিয় তরামাথোইসি অহানবদা ভগবান্মক্তগী থৌরকপনি অদুনা ময়ামসি জীবশিংনা মশকক মশকক ফংনদ্রিবনি। মতৌ অসুম্না প্রাকৃত ৎইবা পঞ্চভূতশিংসি জীবশিংনা ভোগ তৌননবগীদমক শেমখিবনি। প্রাকৃত সৃষ্টি তৌননবগী ফজরবা থৌরাংসি ভগবান্গী শক্তিনা ৎইথোক-হনবনি। অদুনা জীব খুদিংনা ভগবানগী মমদা প্রার্থনা তৌগদবদি সৃষ্টি তত্ত্বসি চপ চানা খঙজগে হায়বসিনি। ভগবান্না পরম বস্তু হায়বদুনিনা হায়বদি শুকদেব গোস্বামীগা থেন্নবনিনা ভগবান্দা স্তুতিসি তৌবিবনি। জীবনা প্রাকৃত সৃষ্টিবু ভোগ তৌবদা ভগবাননা তেঙবাঙঙী, অদুবু ভগবান্দি ওইদবা ভোগ মতৌসিদা যাওদে। শুকদেবনা ভগবান্গী কৃপা নিজরম্বগী মরমদি তত্ত্ব কথা তাঙবদা মহাকপুদা মতেঙ পাংহন্নবগী ঙাক নংলমদে, মাগী রা তাগদৌবিবা মীশিংবুসু তেংবাংনবা মরমগীদমক্নি।

### শ্লোক ২৫

**নমস্তস্মৈ ভগবতে বাসুদেবায় বেধসে।**
**পপুর্জ্ঞানময়ং সৌম্যা যন্মুখাম্বুরুহাসবম্ ॥২৪॥**

নমঃ—খুকমজরি, তস্মৈ - মহোন্দা, ভগবতে—ভগবান্দা, বাসুদেবায়— বাসুদেবদা, বেধসে—বেদ শাস্ত্র-লেংবদা; পপু—থকখি, যানখি; জ্ঞানম্—জ্ঞান, অয়ম্—বেদ জ্ঞান অসি; সৌম্যাঃ ভক্তশিং, থোইদোক্লা ভগবান্ কৃষ্ণগী লৈমশিং; যৎ—মখোযদগী, মুখ-অম্বুরহ—থম্বাল-মানবা চীন, আসবম—ভগবান্গী চীন্দগী থোরকপা অমৃত।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী অবতার বেদ-লেংবা শ্রীব্যাসদেববু খুকমজরি। ভক্তশিংনা ভগবান্গী শ্রীমুখদগী চেম্বরকপা জ্ঞান-অমৃতবু থকচৈ।

### নৈনরোল

"বেধসে" হায়বদি বেদশাস্ত্র লেংবা হায়বা ৱাতাশিংগী মতু ইন্না শ্রীল শ্রীধর স্বামীনা হায়রি মহুদি বাসুদেবগী অবতার শ্রীলব্যাসদেববু খুরুম্লিবান। শ্রীল জীব গোস্বামীনসু ৱাফমসি য়াই, অদুবু শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্তীনদি ৱাফমসিদগী হেন্গৎনা হায়রম্মী, মহুদি শ্রীকৃষ্ণগী মুখদগী থোরকপা অমৃতসু মাগী লৈমশিংদা শিন্নখি, মতৌ অসুম তৌখিবনা শ্রীকৃষ্ণনা পামজবা পুঙ ঈশৈ জগোই, ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা কলাবিদ্যাশিংসু ইবেম্মশিংনা হৈখি। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ভোগ তৌবা পুঙ-ঈশৈ জগোই অমদি লৈতেং-শিংসু প্রাকৃত অমতা নত্তে মবমদি হৌরকপদা শ্রীকৃষ্ণদি পরনি হায়গ্রবনি। দিব্যজ্ঞান অসি কাউথোকপ্রবা বদ্ধজীবশিংনা খঙবা নত্তে। বদ্ধজীবশিংগা ভগবান্গা লৈনবা সম্বন্ধসু বদ্ধজীবশিংনা কাউথোকখিবসু নীঙশীংহন্নবা হায়দুনা ভগবানগী অবতার শ্রীল ব্যাসদেবনা বেদশিংসি থোমজন্খিবনি। মরমসুনা কান্তারসদা ভগবান্না মহাক্কী লৈমশিংদা থংথখিবা অমৃত হায়বদি বেদশাস্ত্রশিংসু ব্যাসদেবগী নত্রগা শুক-দেবগী মুখপদ্মদগী খঙনবা ঐথোযনা হোৎনবা তাবনি। দিব্যজ্ঞানসিগী থাক মথঙ মথঙ কাখৎলকপনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলাদা উৎখিবা দিব্য নৃত্য গীতবাদ্যকলাগী মতাঙসু য়োনবা হোৎনফম থোকয়ি। অদুবু বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান্সি লৈতনদি কনাগুম্বনা ভগবান্গী রাসনৃত্য অমদি গীতকী দিব্যভাব অদু খঙবা ঙম্লোই। অদুম ওইনমক ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংদি দার্শনিক রস লৈনবগী মওংদা অমদি ভগবান্না রাস জগোইদা চুম্বন তৌবগী মওংদা অমৃতসু চপ মান্নবা আস্বাদন তৌবা ঙম্মী, মরমদি অনীগী মরক্তা মীরম্লেনগী থেন্নবসু লৈতে।

শ্লোক ২৫

**এতদেবাত্মভূ রাজন্ নারদায় বিপৃচ্ছতে।**
**বেদগর্ভোঽভ্যধাৎ সাক্ষাদ্ যদাহ হরিরাত্মনঃ ॥২৫॥**

এতৎ—মরমসিদা; এব—তশেংনা; আত্মভূঃ—ইহান্ হাম্ন-পোকপা (ব্রহ্মাজি); রাজন্—হে ইনিংথৌ; নারদায়—নারদ মুনিদা; বিপৃচ্ছতে—বাহংলম্বা (মঙোন্দা); বেদগর্ভঃ—পোকপদগী মাগী গর্ভদা বেদ হাল্লক্লবা অদুগুম্বা মহাক্না; অভ্যধাৎ—হায়খি; সাক্ষাৎ—শংশংনা; যৎ—মদু; আহ—হায়খি; হরিঃ—হরিনা; আত্মনঃ—মাগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, বেদগর্ভ ব্রহ্মানা মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখমক্না সাক্ষাৎ ওইনা হায়খিবা বিষয় অদুমক নারদ মুনিদা হায়খি।

নৈনরোল

ব্রহ্মানা বিষ্ণুগী খোয়দৌ-থম্বান্দগী হেক পোকপগা বৈদিক জ্ঞান অদু ব্রহ্মাগী গর্ভদা অদুম হান্থ্রবনি, মবমদুনা মহাক বেদগর্ভ হায়না হায়বদি মরু হুনবদগী ওইরক্লবা বেদান্তী হায়না খঙনৈ। বৈদিক জ্ঞান হায়বদি মাঙবা-তাবা লৈত্রবা মপুঙ ফাবা হায়বা জ্ঞান হায়বদু লৈত্রদি কনামতনা করিগুম্বা অমতা সৃষ্টি তৌবা ঙমদে। বৈজ্ঞানিক তত্ত্ব পূম্বা অমসুং মপুঙফাবা ছিদ্র-লৈতবা জ্ঞান পুম্নমক বৈদিক জ্ঞান ঙাক্তনি। ঐখোয়না বেদদগী ঈ-পাও পুম্নমক খঙবা ঙম্মী, অদুনা ব্রহ্মাগী গর্ভতুংদা জ্ঞান পুম্নমক হানজনখিবগী মবমদি সৃষ্টি তৌবা ঙমহন্নবগীদমক্তি। মতৌ অসুম ওইবনা, ব্রহ্মাদি ভগবান্ শ্রীহরিনা মঙোন্দা তাকখিব-দুমক্না মায়না সৃষ্টিগী তত্ত্ব চপচানা খঙঙী। নারদনা হংখিবা মতমদা ব্রহ্মানা মশানা শ্রীহরিমক্তগী তাখিবা বিষযদু শেংনা হায়খিখি। বাতুমক অমুক নারদনা ব্যাসদা হায়খি। শুকদেবনা বাসি মানা ব্যাসদগী হেক তাখিবগনক অমুক হায়থবক্লদৌবি। বৈদিক জ্ঞান ফংনবগী উপায়দি মতৌ অসিনি। বেদগী বাদি মথক্তা হায়খিবা গুরু-শিষ্যপরম্পরা ওইনা যোংদোক্লবনি অতৈ মওংদা নত্তে।

অশেংবা মতৌবাদনা করিমতা কান্নদে। জ্ঞান হায়বসিদি চপচানা থোকখিবা থৌদোক অদুনি। ময়েৎ-চযেংনবা মওংদা লৈবা বা য়ামগ্রে; বাশিংদু অখঙবা অমনা ব্যাখ্যা তৌদ্রিমখৈদি কনামতনা খঙবা ঙমদে। বৈদিক জ্ঞানমু পাক খঙবা ঙম্বা পোত্তা নত্তে, অদুনা মথক্তা হায়খিবা নিযম-তনা খঙবা ঙমগনি, নত্রগদি মসি করিমতা খঙবা ঙম্লরোইদৌবনি।

মরমসিনা ভগবান্না ব্রহ্মাদা অদুগা ব্রহ্মানা নারদদা সাক্ষাৎ হায়খিবা বাদু অমুক হন্না হায়বা ঙমজনবা হায়দুনা ভগবান্গী কৃপাদু শুকদেব গোস্বামীনা নিজখি। মরমসিনা শুকদেব গোস্বামীনা হায়খিবা সৃষ্টি তত্ত্বগী বাশিংদু প্রাকৃত ওইবা মীতাশিংনা ওইরমগদ্রা হায়না পুথোরকপা মত অদুগুম্বা নত্তে, মাগী বাশিংদুদি পুঙচুম চুম্বা ঙাক্তি। পাউদম অসি মনাকোঙনা তারগা খঙননবা হোৎনরিবা মীতুদি প্রাকৃত সৃষ্টিতত্ত্ব ফজনা মপুঙফানা খঙবা ঙম্মী।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতমগী অনীশুবা স্কন্দদা 'লৈশেম্বগী থৌওং' কৌবা মরিশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

—❦—

মঙাশুবা অধ্যায়

# সর্ব্বকারণকারণম্

শ্লোক ১

**নারদ উবাচ**

**দেবদেব নমস্তেঽস্তু ভূতভাবন পূর্ব্বজ।**
**তদ্ বিজানীহি যজ্‌জ্ঞানমাত্মতত্ত্বনিদর্শনম্ ॥১॥**

নারদঃ উবাচ—শ্রীনারদনা হায়খি; দেব—লাইয়াম পুম্বগী; দেব—লাই; (দেবদেব—লাইয়ামগী ঈশ্বর), নমঃ—খুরুমজবা; তে—নঙোন্দা; অস্তু—ওইসনু; ভূতভাবন—জীববু শেম্বা ব্রহ্মা; পূর্ব্বজ - ইহান্-হান্না পোকপা; তৎ—মদু; বিজানীহি—খঙহন্‌বিয়ু; যৎ জ্ঞানম্—জ্ঞান অদু; আত্ম-তত্ত্ব—পরমাত্মা-আত্মাগী রা; নিদর্শনম—থোইদোক্না উৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনাবদ মুনিনা ব্রহ্মাজিদা হঙংখি ঃ দেব পুম্নমক্কী অথোইবা, ইহান্-হান্না পোকপা জীব, ঐনা নঙোন্দা খুকুমজরি। পরমাত্মা-জীবাত্মাগী তত্ত্ব খঙহন্নবা দিব্যজ্ঞান অদু ঐঙোন্দা তাকপিযু।

নৈনরোল

পরম্পরাগী নিয়মসি কয়ামুক ছিন্ত্র লৈতবনো হায়বদু অমুক হেন্না চেৎশন্না হায়রি। মমাঙগী অধ্যায়দা ইহান-হান্না পোকপা ব্রহ্মাজিনা পরমেশ্বর ভগবান্দগী সাক্ষাৎ জ্ঞান ফংখি অদুগা জ্ঞান অদুমক নাবদ মুনিদা হায়বদি হেক থংনবা শিষ্যদা পীখি হায়বদু য়াওগ্রে। নারদনা জ্ঞান অদু ফংগে হায়জবগী অদুদা ব্রহ্মানা মঙোন্দা পীখিবনি। মরমসিনা দিব্যজ্ঞান ফংগে হায়না মতীকচাবা মীতাগী মফমদা হায়জবা অদুগা মদু নিয়ম চুম্না লৌবসি পরম্পরাগী নিয়মনি। নিয়মসি ভগবদ্গীতানসু হায়রি (৪।২)। খঙনীংবা শিষ্যনা মহাবু কংলগা, হঙংচরগা অমসুং সেবা তৌজরগা মতীক চাবা গুরুগী নাক্তা জ্ঞান ফংন-নবা চঙজগদোবনি। মহা কংতুনা হঙংলগা অমসুং সেবা তৌরগা ফংলকপা জ্ঞান অদুনা শেল পীরগা ফ বা জ্ঞানদগী ফল লৈবা হেন্নি। ব্রহ্মা অমসুং নারদদগী পরম্পরা লাকপা গুরুদি শেল অমতা পামদে। জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মাগগী স্বরূপ অমসুং মথোয়নি মবক্তা লৈনবা সম্বন্ধ অদু খঙগে হাযরবদি গুরুবু সেবা তৌদুনা পেলহন্‌গদবনি।

শ্লোক ২

**যদ্রূপং যদধিষ্ঠানং যতঃ সৃষ্টমিদং প্রভো।**
**যৎসংস্থং যৎপরং যচ্চ তৎ তত্ত্বং বদ তত্ত্বতঃ ॥২॥**

যৎ—মদু; রূপম্—শক; যৎ—মদু; অধিষ্ঠানম্—লৈফম্; যতঃ—মদুদগী; সৃষ্টম্—শারবা; ইদম্—অসি; প্রভো—হে প্রভু; যৎ—মদু; সংস্থম্—লোইশনফম্; যৎ—মদু; পরম্—লাকশন্নবা; যৎ—মদু; চ—অমসুং; তৎ—মদুগী; তত্ত্বম্—শক্তম্; বদ—হায়বিয়ু; তত্ত্বতঃ—তশেংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, বিশ্ব টাইবংসিগী লক্ষণ কৱিনো হায়বত্থু, মাগী আশ্রয় (লৈফম) কৱিনো হায়বত্থু, মসিবু কনানা শাৱকপা হায়বত্থু, কদাযদা মসি থ্ পখিবা হায়বত্থু, কনাগী মথা পোল্লিবা অমদি মহাক্কী স্বরূপ (তত্ত্ব) কৱিনো হায়বত্থু তশেংনা তাকপীয়ু।

নৈনৱোল

নাৱদ মুনিনা চপ চাবা কার্য্যকাৱণগী য়ুম্ফমদা বা হংলস্বত্থু য়াম্না নাতৈ চাবা মাল্লী। অত্থুম ওইনমক নাস্তিকশিংনদি কার্য্য কাৱণগী মওং নত্তবদা লন্নাই-ওইবা মতবাদ য়াম্না পুথোৱকয়ি। নিৱীশ্বৱবাদী নাস্তিকশিংনা মখোয়গী লৈহাও চেনবা থোপশিংত্থুগী মতেঙনা মতবাদ য়াম্না পুথোৱক্লৱস্থু উৱিবা বিশ্বসিবু অত্থুগা আত্মাবু মখোয়গী চাংয়েং জ্ঞান্না ব্যাখ্যা হৌজিকফাওবা অমতা তৌদ্রি। অসিগুম্বা ভাবতনা শাগৎপা সৃষ্টি তত্ত্বগী মতশিংগা ওন্ন-তৈননা নাৱদ মুনিনা সৃষ্টি তত্ত্ব অওইবত্থু খঙনীংলম্মী।

আত্মা অমস্তুং পৱমাত্মাগগী দিবা জ্ঞান অত্থুদা বিশ্বটাইবংগী মৱমগী ৱাস্ত অত্থুগা বিশ্বগী সৃষ্টি তত্ত্বগী অমস্তুং সৃষ্টিগী য়ুম্ফমশিংগী ৱাস্ত যাওৱবনি। বিশ্বজগৎসিদা পোৎলম অত্থুমখক অশিংবা মী খুদিংনা উবা ঙম্মী, মত্থুদি জীবশিং, শকউৎলবা জগৎ অত্থুগা মখোয়গী নিয়ন্ত্রণ (খৃজিন্)। অশিংবা মীশিংনা খঙবদি জীবাত্মা অমস্তুং বিশ্বজগৎ অনীসি ফন চোংথোৱকপা সৃষ্টি নত্তে হায়বসি। সৃষ্টিগী চুঙ-ফিবান চাবা অত্থুগা মখোয়ত্থুবু পুৱিবা নিয়মগী থবকশিং অমস্তুং ফলশিংনা মখোয়বু শেম্বা বুদ্ধি-লৈবা কনানো অমা লৈ হাযবা তাক্লি। কনাগুম্বনা মখোযত্থুগী থোৱককমদা থোৱকফম ওইবা অত্থুবু অখণ্ড-অহৈ অমগী মতেঙতনা পূৱীং শেংনা থিৱগা খঙবা ঙমগনি।

শ্লোক ৩

**সর্ব্বং হ্যেতদ্ ভবান্ বেদ ভূতভব্যভবৎপ্রভুঃ।**
**কৱামলকবদ্ বিশ্বং বিজ্ঞানাবসিতং তব ॥৩॥**

সর্ব্বম—পুম্নমক; হি—লেপ্পমক, এতৎ—মসি; ভবান—অদোম্না; বেদ—খঙভী; ভূত—পোকখ্রবা নংত্রগা শেমখ্রবা; ভব্য—শেমক্কদবা নংত্রগা পোকক্কদবা, ভবৎ—শেমলিবা; প্রভুঃ—প্রভু নহাক্কী; কৱ-আমলক-বৎ—খুবাক্তা পায়বা হৈক্রুগুম্না, বিশ্বম্-বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসি; বিজ্ঞান-অবসিতম্-নহাক্কা থোই-দোক্না খঙলবা; তব—নহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৱমাত্মা, জীবাত্মা জগৎ পুম্নমক্কী তত্ত্বত্থু অদোমদি লেপ্পমক খঙলিবনি। হৌখ্রবা মতমদা পোকখ্রবা, মতুংদা পোকক্কদোবা অমদি হৌজিক হৌজিক পোক্লিবা পুম্নমক্কী অদোম্না মপুনি (প্রভুনি)। মৱমত্থুনা খুবাক্তা পাযবা হৈক্রু অমগুম্না বিশ্বসিবু থোইদোকপা জ্ঞানগী মতেঙনা অদোম্না খঙলিবনি।

নৈনৱোল

উৱিবা বিশ্বসিগী সৃষ্টি তৌবদি ব্রহ্মা মশামক্লি। মৱমত্থুনা মহাক্তি হৌখ্রবা, ওইৱক্কদবা অমস্তুং ওইৱিবা মতমদা থোকপা খুদিংমক খঙভী। মকওইবা পোৎলম অত্থুম হায়বদি জীব, বিশ্বজগৎ, অত্থুগা নিয়ন্তা হাযবা অত্থুমসি হৌখ্রবা; ওইৱিবা অমদি ওইৱক্কদবা মতমগী থবক পুম্নমক লেপ্তুবমখৈ তৌৱিবনি। অত্থুনা সাক্ষাৎ অধীন-অৱাং-তৌৱিবা মহাক অত্থুদি থবক পুম্নমকসি অমস্তুং মখোয়গী ফলশিং পুম্নমক কনাগুম্বনা মখুবাক্তা হৈক্রু অমা পায়বদা লায়বগুম ঈৱায় লায়না খঙলিবনি। কৱিগুম্বা পোৎ অমা শাৱিবা মী অমবু মানা পোৎ শাবত্থু কৱম্না তমলকপা, পোৎ শাননবা মচন্দু কদায়দা ফংলকপা, মানা পোৎতুবু কৱম্না শাৱগা পুথোৱকপনচিংবগী ৱাৱোল খঙবনি হায়না ঐখোয়না খল্লী। ব্রহ্মাদি ইহান হান্না পোকপা জীবনিনা সৃষ্টিগী ৱাৱোল পুম্নমক খঙবা জীথনি হায়না মাবু ঐখোয়না লৌয়ি।

শ্লোক ৪

**যদ্বিজ্ঞানো যদাধারো যৎপরস্ত্বং যদাত্মকঃ।**
**একঃ সৃজসি ভূতানি ভূতৈরেবাত্মমায়য়া ॥ ৪ ॥**

**যৎ-বিজ্ঞানঃ**—জ্ঞানগী থোরককম; **যৎ-আধারঃ**—তুঙফম-ওইবা; **যৎ-পরঃ**—পুম্নমক্কা মাগী মখা থোংলিবা; **ত্বম্**—নহাক্না; **যৎ-আত্মকঃ**—করম্বা মঙমদা: **একঃ**— মথন্তনা; **সৃজসি**—(নঙনা) শেম্মী; **ভূতানি**—জীবশিংসে; **ভূতৈঃ**—পঞ্চভূতকী মতেঙনা; **এব**—লেপ্পমক; **আত্ম-মায়য়া**— মশামক্কী মায়ানা (শক্তিনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, নঙোন্দা বিজ্ঞান পীবা কনানো ? কনানা নঙগী চঙজফম (আশ্রয়) ওইরিবনো ? কনাগী মখা পোন্দুন থবক তৌরিবনো ? নহাক্কী অওইবা স্বরূপ করিনো ? নহাক নথন্তনা নরম্নাই শক্তি শীজন্নহুনা পঞ্চভূতকী মতেঙনা জীব ময়ামসি শেম্মীবনো ?

নৈনরোল

ভগবান ব্রহ্মানা অকনবা তপ তৌরগা সৃষ্টি-শক্তি ফংখিবনি হায়বসি শ্রীনারদ মুনিনা খঙলম্মী। মতৌ অস্মুয়া খঙবনা, ব্রহ্মাদা সৃষ্টি-শক্তি হাপচনবীবা মথক থোংবা কনানো অমা লৈ হায়বসি নারদ মুনিনা খঙভি। মরমসিনা মহাক্না থবক্কী রাহংশিংসে ফংখিবনি। মরমসিনা, অস্মুম অস্মুম চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞানগী মতাঙদা পাঙথোকপা থবক মন্নাম পুথোরকপসি মথন মথন্তনা পুথোকপা নত্তে। বৈজ্ঞানিক অমগী থোপ অদু অতোপ্পা কনানো অমনা শাবিবক্লগা থোপতুগী মপাম্না মহাক্না করিগুম্বা পোৎ অমগী নশক খঙলিবনি। অস্মুম্না পীনবিবকপা থোপকী পাম্বৈনা বৈজ্ঞানিক অমনা থবক তৌবা ঙম্মী, তৌইগুম্বসুং বৈজ্ঞানিক অদুনা মশামক্কী থোপ অদুগা মদুগা মান্নবা থোপ অমতা শাদুনা পুথোকচবা ঙম্বা নত্তে। নরমসিনা সৃষ্টিগী মওংদা লন্নাই হোৎনবতনা ওইবা ঙমদে অদুগা অসিগুম্বা সৃষ্টিসে মথন্তা থোরকপা পোত্তা নত্তে।

শ্লোক ৫

**আত্মন্ ভাবয়সে তানি ন পরাভাবয়ন্ স্বয়ম্।**
**আত্মশক্তিমবষ্টভ্য ঊর্ণনাভিরিবাক্লমঃ ॥৫॥**

**আত্মন্**—(আত্মনি) - মশামক্না; **ভাবয়সে**—পালন তৌয়ি, **তানি**—মখোয় পুম্নমক; **ন** নত্তে; **পরাভাবয়ন্** মায়থীবা পীদুনা; **স্বয়ম্**- নশামক্না; **আত্মশক্তিম্** চপচাবা নশাগী শক্তিবু; **ঊর্ণনাভিঃ**—মি; **ইব** - গুম্বা; **অক্লমঃ**, —নোম্বা-য়াওদবা নংত্রগা অতোপ্পগী মতেঙ য়াওদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মি কৌবা জীবনা মাবু কনামতনা মায়থীবা পীবা ঙমদবমখৈ মাগী লাং অদু ইলায় লায়না শাজরগা মাগী সৃষ্টি শক্তি উৎপগুম্না নহাকসু নরম্নাই চপ-চানা লৈজরিবা শক্তিতনা অতোপ্পা কনাগীসু মতেঙ লৌদবমখৈ সৃষ্টি তৌরি।

নৈনরোল

মশাগী চপচানা লৈজবা হায়বসিগী খ্বাইদগী হেন্বা খুদমদি মুমীৎনি (সূর্য্যনি)। মুমীৎসি অতোপ্পা পোৎ অমনা ঙালহনবা নত্তে। অহোইনদুম, ঙানজরিবা অতৈ পোৎপু ঙানথৎপদা তেঙবাঙভি, মরমদি মুমীৎকী মমাঙদা অতৈ অঙানবা পোৎনা শকথোক্লা ঙানবা ঙমদে। শ্রীনারদ মুনিনা ব্রহ্মাগী মতৌবু মিগী মরম্নাই ওকচবা হায়বদুগা চাংদম্নরম্মী, মরমদি মিদি মবম্নাই তিল্লাংনা লাং শাবদা অতৈ কনা অমগী মতেঙ লৌদবমখৈ চংথবা ঙম্মী।

শ্লোক ৬

**নাহং বেদ পরং হ্যস্মিন্নাপরং ন সমং বিভো।**
**নামরূপগুণৈর্ভাব্যং সদসৎ কিঞ্চিদন্যতঃ ॥৬॥**

ন—নত্তে; অহম্—ঐ; বেদ—খঙঙি; পরম্—অথোইবা; হি—মরমদি; অস্মিন্—জগৎসিদা; ন—নত্তে; অপরম্—হন্থবা; ন—নত্তে; সমম্—মান্নবা, বিভো—হে বিভু (অচৌবা): নাম—মিং; রূপ—শক; গুণৈঃ—মতীক্লা; ভাব্যম্—শেম শারবা পোৎ; সৎ—তুং কোইবা; অসৎ—তুং কোইদবা; কিঞ্চিৎ—অচুগুম্বা অমা হেক; অন্যতঃ—অতোপ্পা অমদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অচৌবা প্রভু, জগৎসিদা করম্বা পোৎনা অথোইবনো নত্রগা হন্থবনো নৎত্রগা মান্নবনো হায়বা করিমতা খঙদে। মীওইবনচিংবা মিং, খোঙ-অনী-পানবনচিংবা শক, অঙৌবনচিংবা গুণ্না ওইবা অপোৌবা অকুপ্পা হায়দুনা লৈরিবা পোৎশিংসে অতোপ্পা থোরকফম পোৎ অমদগী থোরকপরা থোরক্তবরা খঙদে। অদুগা মঙোন্দগী লোইনমক থোরকই হায়নদি খল্লী।

নৈনরোল

জগৎসিদা ৮৪,০০,০০০ যোনিগী পুন্সিদা মখল মখাগী জীব কয়া লৈ। মখোযশিংসি খরনা খরদগী হেল্লী নৎত্রগা হুৈ। মীওইবগী সমাজদা মীওইবা হাযবসিবু অথোইবা জীব অমনি হায়না লৌনৈ, অদুগা অমুক মীওইবশিংগী মরক্তস্থ মী মখল মথেল য়াম্না অফবা, ফত্তবা, মান্নবা হায়বনচিংবা লৈ। অদুবু শ্রীনারদ মুনিনদি মখোয় পুম্নমকপু ব্রহ্মানা শেম্বা নত্তনা অতৈ অমনা শেম্বনি হায়না খন্দে। মরমসিনা মহাক্না ময়ামসিগী মরমদা ব্রহ্মাদা হংলম্বনি।

শ্লোক ৭

**স ভবানচরদ্ ঘোরং যৎ তপঃ সুসমাহিতঃ।**
**তেন খেদয়সে নস্ত্বং পরাশঙ্কাং চ যচ্ছসি ॥৭॥**

সঃ—মহাক, ভবান্—অদোম, আচরৎ—চৎলম্মী; ঘোরম্—শাথিবা; যৎ তপঃ—তপ; সুসমাহিতঃ—পূক্নীং লুপ্না মওংগী, তেন—মদুনা; খেদয়সে—পঙথহল্লে; নঃ—ঐখোয়বু; ত্বম্—নহাক্না; পরা পরম্ সত্য, শঙ্কাম্—চিংনবা, চ—অমসুং; যচ্ছসি—(ঐখোযদা) পোকহল্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদোম্না সৃষ্টিগী মতাঙদা শক্তি চেনবা ওইরবস্থ নহাক্না পূক্নীং লুপ্না তপ তৌবা মতৌসি উরগা নঙোন্দগী হেন্না শক্তি লৈবা কনানো অমা লৈ হায়না চিংনবা পোক্লে।

নৈনরোল

নারদ মুনিনা লৌদবগুম্না ঐখোয কনামতনা ঐখোয়-ঐখোয়গী গুরুবু ভগবানমক্তি হায়না লৌখদে। ভগবানবু সম্মান তৌবগুম্না দীক্ষা গুরুবু ঐখোয়না সম্মান তৌবদি য়াই, অদুবু মহাক মশামক ভগবাম্নি হায়না হায়রবদি অচুগুম্বা গুরুদুবু ঐখোয়না লঙ্খায়গদোবনি। ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী মতাঙদা অঙক-অঙকপা থবক তৌরম্বদুদা নারদ মুনিনা ব্রহ্মাবু পরমেশ্বরনি হায়না লৌরম্মী, অদুবু ব্রহ্মাস্ত মথক্ক-খোংবা কনা অমবু লাংলম্বা উরুবদা নারদগী মবুক্লিংদা চিংনবা পোকখি। পরমেশ্বর হায়বদুদি পুঙখোই থোইবনি, মহাক্না লাংথক্কবরা অমা লৈতে। 'অহংগ্রহোপাসিতা' হায়বদি মশানা মশাবু লাইনি হায়বা খাথন্দা লাংচবা হায়বসে মীবু শেরান্নমা পুননবনি, অদুবু পরমেশ্বরনা মশামকপু য়াওনা কনামতস্থ লাংথক্ক

থোক্কে হায়বসে বুদ্ধি-থৌবা শিক্ষ অমনা খুদক্তা হেক্তা খঙবা ঙম্মী। 'অহংগ্রহোপাসনা' আত্মা-উপলব্ধিগী সাধন মথল অমা ওইবা য়াই, অদুমদি ওইরগা 'অহংগ্রহোপাসিতা' অমনা পরমেশ্বর ভগবান্ময়ক ওইবদি কদৌঙৈদসু ঙম্মোই। পরমার্থ উপলব্ধিগীদমক সাধন তৌরগা কনানতনা ঈশ্বর ওইদে। নারদ মুনিনা ব্রহ্মাবু পরম পুরুষ-নি হায়না খল্লম্বনি, অদুবু ব্রহ্মাজিনা পারমার্থিক উপলব্ধিগীদমক তপ তৌবা উরম্বদুদা চিংনবা পোকখি। মরমদুনা নারদনা অওইবা ৱাহৃ শেংনা খঙনীংখি।

শ্লোক ৮

**এতন্মে পৃচ্ছতঃ সর্ব্বং সর্ব্বজ্ঞ সকলেশ্বর।**
**বিজানীহি যথৈবেদমহং বুধ্যেঽনুশাসিতঃ ॥৮॥**

এতৎ—মদু পুম্বা; মে—ঐঙোন্দা; পৃচ্ছতঃ—খঙনীংলিবা; সর্ব্বম্—হংজবা ৱা পুম্বা; সর্ব্বজ্ঞ—পুঙখঙ খঙবা; সকলেশ্বর—পুম্নমক্কী মবুংঙো; বিজানীহি—থোইদোক হেন্দোক্লা খঙহনবিয়ু; যথা—ঙুম্না; এব—মক; ইদম্—মসি; অহম—ঐনা; বুধ্যে—খঙগনি; অনুশাসিতঃ—(নহাক্না) তাকপী-তীকপীবা ওইরিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, নহাক্তি পুঙখঙ-খঙবনি অদুগা পুম্নমক্কী মবুঙঙোনি। মরমদুনা ঐনা হংজরিবা পুম্নমক থোইদোক হেন্দোকপা মওংদা তাকপীয়ু, অদুদদা ঐসিনা নহাক্কী শিষ্য অমা ওইনা লোইনা খঙবা ঙম্মগনি।

নৈনরোল

নারদ মুনিনা হংলিবা ৱাহংশিংসে মরী লৈনবা মী খুদিংগীদমক্তি য়াম্না মমল য়াম্বা ঙাক্তি; মরমদুনা ব্রহ্মাগী সম্প্রদায়দা য়াওবা শিষ্য পরম্পরানা ইলায় লায়না চপাচানা খঙবা ঙম্নবগীদমক ৱাহংশিংসে মতীক-চাবনি হায়না খনবীনবা ব্রহ্মাদা নারদনা হঙ্গংলম্মী।

শ্লোক ৯

ব্রহ্মোবাচ

**সম্যক্ কারুণিকস্যেদং বৎস তে বিচিকিৎসিতম্।**
**যদহং চোদিতঃ সৌম্য ভগবদ্বীর্য্যদর্শনে ॥ ৯ ॥**

ব্রহ্মা উবাচ—ব্রহ্মানা হায়রম্মী; সম্যক—মপুঙ ফানা; কারুণিকস্য—থৌজান্ হৈবা (নহাক্কী); ইদম্—অসি; বৎস—ইপাগী ইবুংঙো; তে—নহাক্কী; বিচিকিৎসিতম্—খঙনীংগন্‌বা; যৎ—মদুনা; অহম্—ঐ; চোদিতঃ—থৌজল্লকপা; সৌম্য—হে নীঙথিবা; ভগবৎ—ভগবান্‌গী; বীর্য্য—থৌনা; দর্শনে—মরমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্রহ্মানা হায়রম্মী—ইপাগী ইবুংঙো নারদ, ঐবুসু য়াওনা লোইনমক্কী মফমদা হুংশি হৈদুনা নহাক্না ৱাহং ময়াম অসি হংলিবনি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী বীর্য্যবু উননবা ঐবু নঙগী ৱাহংশিংনা থৌজল্লে।

নৈনরোল

নারদজিনা ৱাহংশিংদু হংলম্বদুদা মহাকপু ব্রহ্মাজিনা থাগৎতুনা মুংঙাইবা ফোঙদোক্লম্মী, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী তত্ত্ব হংলকপা মতমদা ভক্তশিংনা থৱাই য়াওশন্‌বা হায়বসি মহৌশানি। মদু অশেঙবা ভগবদ্ভক্ত ওইবগী খুদম্নি। ভগবান্‌গী দিব্য-লীলাগী ৱা নৈনবা অসিনা নৈনরম্বা মফমদুবু পবিত্র ওইহল্লি অদুগা ভক্তশিংসু অসিগুম্বা ৱাহংগী পাউথুম পীবদা থৱাই য়াংখৎলি। অসিগুম্বা নৈনবসিনা ৱা হংলিবা মীসু অদুগা খুম্নিবা মীসু অনীমকপু পবিত্র ওইহল্লি। শুদ্ধ ভক্তশিংনা ভগবত্তত্ত্ব লোইনা খঙবগী পেন্‌বদা নত্তনা মদুদুবু অতৈদা শন্দোক্লীংবগীদমক থোয়রাঙতি, মরমদি ভগবান্‌গী যশোকীর্ত্তিদু ময়াম খুদিংমক্না খঙবা পামজরম্মী। মতৌ অসুম্না ভগবত্তত্ত্ব কথা তৌবগী খুদোংচাবা হেক ঋংবদা ভক্তদি পেঙ্গরম্মী। মসিনি ভগবান্‌গী ৱা প্রচার তৌবগী মরুওইবা লীচৎতি।

### শ্লোক ১০

**নানৃতং তব তচ্চাপি যথা মাং প্রব্রবীষি ভোঃ ।**
**অবিজ্ঞায় পরং মত্ত এতাবত্ত্বং যতো হি মে ॥১০॥**

ন—নত্তে; অনৃতম্—ওইদবা; তব—নহাক্কী; তৎ—মহু; চ—সু; অপি—নঙনা হায়রবগুম্মা; যথা—মতাঙদা; মাম্—ঐঙোন্দা; প্রব্রবীষি—নঙনা হায়রি; ভোঃ—ওহে নারদ; অবিজ্ঞায়—খঙদনা; পরম্—পরমেশ্বর; মত্ত—ঐঙোন্দগী বাংমদা; এতাবৎ—নঙনা হায়খিবা পুম্বহু; ত্বম্—নঙ; যতঃ—মরমগীদমক; হি—লেপ্পমক; মে—ঐগী মরমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা ঐগী মরমদা হায়খ্রিবা বাফমশিংহু ওইদবা অমতা য়াওদে মরমদি কনাগুম্বনা ঐগী ইথক থোংনা লৈরিবা পরম সত্য পরমেশ্বর ভগবানবু মশক হেক খঙদ্রিবমখৈদি ঐগী সৃষ্টি শক্তিনা পাঙথোক্লিবা থবকশিংসি উবদা শুমহৎপা শোয়দবনি।

### নৈনরোল

'কূপ মণ্ডুক' ন্যায়না তাক্লিবদি কুহা অমগী মনুঙদা লৈবা হঙোইনা পাকচাওখ্রবা মহাসাগর অমগী মযুং-মফেল কমদৌয়ি হায়বহু বাথন্না লাম্বা যংদে। অসিগুম্বা হঙোইহুদা মহাসাগরগী পাক চাউবগী বা হায়রুবদা অদুগুম্বা মহাসাগর অমা লৈরমগনি হায়বহু মহাক্না অহানবদা থাজবা ঙমদে। অদুবু কনাগুম্বনা অসিগুম্বা পোৎ অমা তশেংনা চাননা লৈরিবনি হায়রবদা হঙোইহুনা কল্পনানা শাগৎতুনা মহাসাগরগী মচৌ-মরোক অদু লাকশল্লবা হায়হুনা মাগী মবুক অদু হেক য়াররিবমখৈ কামথোকহুনা চাউথোকহনবা হোৎনৈ, অদুম্না কামথোকপদু হেনজন্মনবগী ফল ওইনা হঙোইগী মবুক পোকখায় অদুদগী হঙোইহু মহাসাগরগী পাক-চাউবা খঙহৌদবমখৈ শি। মতৌ অদুগুম্না, ভৌতিক বিজ্ঞানগী পণ্ডিতশিংসু মখোয়গী হঙোইগুম্বা থোপকী অমসুং মখোয়গী বৈজ্ঞানিক ওইবা থবকশিংহুগী মতেঙনা ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তি শীঙনগে হায়, অদুবু মমৈদদি মখোয় হঙোইনা শিবগুম্না শি।

করিগুম্বা মতমদা সংসারদা মতীক ময়াই লৈবা মী অমবু ঈশ্বরনি নৎত্রগা ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না লৌবা য়াওনৈ, তৌবগীবুদি মখোয়হুনা অশেঙবা ঈশ্বরবুদি খঙবা নত্তে। মসুম্না লৌবসি অসুম অসুম তৌখংনরকপা য়াবকয়ি, অদুদগীদি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা খ্বাইদগী বাংবা অমসুং ভৌতিক বৈজ্ঞানিকশিংনা খনবদা থোক্তবমখৈ পুন্সি শাংবা জীব ওইরিবা ব্রহ্মাজি ফাওববু পরমেশ্বরনি হায়না লৌনবা হোৎনরকপা য়ারিবা পোৎনি। খ্বাইদগী প্রামাণিক ওইবা লাইরীক ভগবদ্গীতাদগী (৮।১৭) খঙবদি ব্রহ্মাগী দিন (অয়ুক-নুংথিল) অদুগা রাত্রিনা শাবা নোংমসি ঐখোয় মীরয়েনগী চহী মশীঙদা পারগদি চহী লীশীং চামহু কয়ামুকা মান্নে। ব্রহ্মাগী অসুক য়াম্না শাংবা পুন্সি অসিবু কুহাগী হঙোইনদি থাজদবা য়াই, অদুবু ভগবদগীতাদা হায়রিবা সত্যহু উপলব্ধি তৌবা মীতাশিংনদি ব্রহ্মাণ্ড পুম্ববু মাগী মথল মথেলগী শক্তমদা শেম্বা অচৌবা অমা লৈ হায়বা বাসি লৌয়ি। লাইতাক ওইবা শাস্ত্রশিংদগী খঙবা ঙম্বদি ঐখোয়গী বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিগী বাংমদা মসিদগী হেন্না চাউবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম লৈরিবহুগী ব্রহ্মা অতৈহুদগী ঐখোয়গী বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডগী ব্রহ্মানা খ্বাইদগী নহা ইওই ওই হায়বসিনি। অদুবু ব্রহ্মা ময়ামসিগী কনামতনা পরমেশ্বর ভগবানগা মান্নবা ঙমদে।

নারদজিদি মুক্ত জীব মরক্তা অমনি; মহাক্না মুক্ত ওইরবা মতুংদা মাবু নারদ হায়না খঙনখিবনি। মানা মুক্ত ওইদ্রিঙৈদা মহাক মীনাইনুবী অমগী মচানুপা ওইরমী। নারদজিনা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙঙমদ্রিবা করিগীনো অমসুং মহাক্না ব্রহ্মাবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না শেরান্না খঙলম্লিবা করিক্নীনো

হায়না হংবা য়াই। অসিগুম্বা শেবান্নবা রাখল্লা মুক্ত জীব অমবু ডাওহনক্কম থোক্কবনি, নারদজিনা খওদবা মীচম অমগুম্মা রাহং ময়ামসি ব্রহ্মাদা হংলম্লিবনো? মস্‌ম্না ভাব তাদবদগী ডাওবসি অর্জ্জুনহু ভগবান্‌গী নিত্য সখা ওইন ওইনমক তৌখি। অর্জ্জুন নংত্রগা নারদনা ভাব তাদবমখৈ ডাওরম্বা মডাওসি ভগবান্‌গী ইচ্ছানা ওইহনবনি, মহুক্কী মরমদি মুক্তি ফংগ্রিবা মীশিংনা অশেঙবা সতাবু অমসুং ভগবান্‌গী জ্ঞানবু উপলব্ধি, ফংবা য়াননবগীদমক্তি। ব্রহ্মানা সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্ নংত্রবরা হায়না নারদনা চিংনরিবসি কুহান্নুংগী হণ্ডোইশিংগী তমজ্জনডাই পারা অমা ওইননবগীদমক্তি। মরমদি মহুম্না খওলগা জীবশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী স্বরূপ করিনো খওবদা ডাওরবোই (ব্রহ্মাগফাওবা চাংদমনবদ-ফাওবা ডাওররোই, অহুনা মখোয় মশা মশাবু ঈশ্বরনি নংত্রগা ঈশ্বরগী অবতারনি হায়জবা মীতা-শিংগী রাদি করি হায়রুগনি)। পরমেশ্বর ভগবান্‌দি মতম পূম্বদা পরমেশ্বর ওইহুনা লৈবনি অহুনা কনাগুম্বা জীবনা করি হাযনি ব্রহ্মাগুম্বা মীতা ফাওবনা ভগবান্‌গা মান্নৈ হাযনা হাযবা ডম্মোই। কনাগুম্বা মী অমনা শিরবা মতুংদা মীহুবু ময়াম্না ঈশ্বরনি পুজা তৌনরকপা মতমদা মখোযগুম্না শেবান্ননা চৎতনবা তোৎনৌ। অযোধ্যাগী নিংথৌ ভগবান্ রামচন্দ্রগুম্বা নিংথৌ য়াম্না পাল্লম্মী, অহুবু মখোয় কনামতবু শাস্ত্র-গ্রন্থশিংদা ঈশ্বরনি হায়বমদে। অফবা নিংথৌ অমা ওইগে হাযরগা ভগবান রামচন্দ্রগী গুণ চেন্দবা যাদে হায়বা লৈতে, অহুবু কৃষ্ণগুম্বা মহান্ ব্যক্তি অমা ওইখা তারবদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী গুণ চেনবা তাবনি। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা যাওরম্বা মীতাশিংহু করম্বনো হাযনা থিজনবা তারবদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ভগবান্ রামচন্দ্রদগী ধর্ম্মরাজ ওইব্দা করিমতা হম্বরমদে হাযনা ঐখোযনা থেংনগনি। মচোরিত্ত যেংলগদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনহুম ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্না ফবা নীতি চৎলম্মী। ভগবান্ কৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরবু ওইদবা ডাওহু হায়রম্মী অহুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা যেৎলম্মী। অহুবু মহুনদি যুধিষ্ঠিরহু ভগবান্ রামচন্দ্রগা নংত্রগা ভগবান্ কৃষ্ণগা মান্নরে হাযনা লৌবা যাদে। মহাজনশিংনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু ধর্ম্মাত্মা অমনি হাযনা লৌরম্মী, অহুবু মখোযসিনা ভগবান্ রাম অহুগা কৃষ্ণবুদা পরমেশ্বর ভগবান্‌নি হায়না লৌথি। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্‌দি মতম পূম্বদা খ্বাইদগী তোপ তোম্না স্বরূপনি, ভগবান্‌বু ওন্ন-তৈনবা ওইহনবা শুকয়া য়াদে। ভগবান্‌দি মতম পূম্বদা ভগবান্ ওইহুনা লৈ, অহুনা কনাগুম্বা মীচম অমনা ভগবান্ ওইবা যাদে।

শ্লোক ১১

**যেন স্বরোচিষা বিশ্বং রোচিতং রোচয়াম্যহম্।**
**যথার্কোঽগ্নির্যথা সোমো যথর্ক্ষ-গ্রহতারকাঃ ॥১১॥**

যেন—মহাক্না, স্ব-রোচিষা—মশামক্কী মঙাল্লা; বিশ্বম্—জগৎ পূম্ববু; রোচিতম্—শেমখিবা; রোচয়ামি—ফোঙদোকপী; অহম্—ঐনা; যথা—গুম্না, অর্কঃ—নুমীৎ; অগ্নিঃ—মৈ, যথা—গুম্না, সোমঃ—থাজ; যথা—গুম্না; ঋক্ষ—আকাশ, গ্রহ—গ্রহঃ তারকাঃ—থবান্মচাকশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌না মাগী (ব্রহ্মজ্যোতি কৌবা) মঙাল্লা সৃষ্টি তৌরবা মতুঙদা ঐনা সৃষ্টি তৌই, মহুদি নুমীৎনা (সূর্য্যনা) মাগী মৈ অহু ফোঙদোক্লকপা মতুঙদা থাজনা (চন্দ্রনা), আকাশনা, গ্রহশিংনা অমসুং তারকা-শিংনা ডানথোরকপগুম্বনি।

নৈনরোল

ব্রহ্মাসি পরমেশ্বর-ভগবান্ সৃষ্টি কর্ত্তা নত্তে হায়না নারদনা খল্লম্বহু চুম্মী হায়না ব্রহ্মানা নারদদা হায়রম্মী। করি করিগুম্বা মতমদা বুদ্ধি রাংপা মীশিংনা ব্রহ্মাসি থোরককম পুম্নমক্কী থোরকফমনি (সর্ব্বকারণকারণ হায়বহুনি) ইপঙ পঙনা লৌবা য়াওই। ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিগী পরম কর্ত্তা ব্রহ্মানা

ডাঙথোরকপা রানা নারদগী চিংনরম্বা ৱাফমসি শেংদোকপন্থু নারদনা পামলম্মী। রাষ্ট্রগী মহাধিকরণ (*Supreme Court*) অমনা তাবা রায়না পোলোই ওইবগুম্না ব্রহ্মাণ্ডসিগী পরম কর্ত্তা ব্রহ্মানা হায়বা রায়না জ্ঞান ফংনবা বৈদিক পন্থা মতুঙ ইন্না পোলোই ওইফম থোকয়ি। মমাঙগী খণ্ডনবা শ্লোক অমুদগী ঐখোয়না খঙবদি নারদ মুনি মুক্তাত্মা অমনি; মরমতুনা মহাজ্ঞি ওইদবা লাইবু নত্রগা লাইশিংবু মখোয়না য়াবা মওংদা লাইনি হায়না লৌগনবা বুদ্ধি রাংপা মীতাম্থুগুম্বা তমা নংলমদে। অমুমকপু মহাক বুদ্ধি-রাংপা ওইনা মশাবু উৎলম্মী অমুগদি বুদ্ধি লৈবা অমগুম্না মাগী চিংনবমু কোকহনবিয়ু হায়না সর্ব্বময় কর্ত্তা ব্রহ্মাদা হঙ্গৎলম্মী, করিনা মমুম তৌরবদি সৃষ্টি তত্ত্বগী অমসুং সৃষ্টি কর্ত্তাগী মরমদা চয়েৎনবা ৱাফমশিংমু খঙদবা মীশিংনা চুম্না খঙবা ঙমগনি।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা ব্রহ্মাজিনা বুদ্ধি রাংপশিংগী শেরায়বা ৱাপু অমু চুমথোক্লনা শেংদোকপীরম্মী। ব্রহ্মানা হায়রম্বদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী জ্যোতিনা শক্তি চেনবা সৃষ্টি পুথোক্লবা মতুঙদা মানা পুথোক্লিবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডমুগী মখল মথেলগী শক্লোনমু ব্রহ্মানা শেম্বনি হায়বা ৱাফমসিনি। ব্রহ্মাজিনা ৱাফমসি ব্রহ্ম-সংহিতা কৌবা সংহিতাদা (৫।৪০) তোঙাম্না হায়রি, মমুদি—

**যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি কোটিষশেষবসুধাদি-বিভূতি ভিন্নং।**
**তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলংঅনন্তং অশেষ-ভূতম্ গোবিন্দম্ আদিপুরুষং তম্ অহং ভজামি॥**

ঙমথৈ-নাইদবা চৈঙাক-তমঙমদবা অমদি পুম্নমক্কা শরা-শক্লিবা ব্রহ্মজ্যোতি হায়না খঙনরিবা মঙাম্না মাগী হকচাঙগী মঙান ওইবা, অমুগুম্বা মঙাম্না শীঙলাক-ঙম্‌দবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড ময়ামগী থোরশফম ওইবা আদি-পুরুষ গোবিন্দ পরমেশ্বর ভগবান্‌বু খুরুমজরি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্কা জলবায়ু মখল মখল লৈ অমুগা পুন্সি মখল মখলগী জীব লৈ।"

হায়রিবা ৱাফম অসিমক ভগবদ্গীতাদা য়াওরি (১৪/২৭)। ভগবান্ কৃষ্ণদি ব্রহ্মজ্যোতিগী থোবক-ফম্নি (ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহম্)। বৈদিক কোষ ওইবা নিরুক্তিদা হায়রি প্রতিষ্ঠাগী অর্থদি 'খিন্‌বগী থবক তৌরিবা মা অমু' হায়বনি। মরমসিনা ব্রহ্মজ্যোতি হায়বসে মথম্বা লেপচ-ঙম্বা পোৎ নত্তে। ব্রহ্ম-জ্যোতিগী সৃষ্টিকর্ত্তাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি হায়বসি নৈনরিবা শ্লোক অসিদা 'স্ব-রোচিষা' ভগবান্‌গী দিব্য দেহগী মঙাল— হায়না পল্লি। ব্রহ্মজ্যোতি হায়বসি সর্ব্বব্যাপীনি (পুম্নমক্কা শীনথুংবনি), অমসুং মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিনা সৃষ্টি পুম্বা ওইথোকহল্লিবনি। মরমসিনা বেদমন্ত্রশিংনা লাইথোক্লিবনি মমুদি লেংলি পাল্লিবা পুন্সে ব্রহ্মজ্যোতিনা লৈহল্লিবনি (সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম)। মরমসিনা সৃষ্টি পুম্বগী থোরকফম বীর্য্যদি (মরুদি) ব্রহ্মজ্যোতিনি অমুগা ঙমথৈ লৈতবা অমদি চৈঙাক তমঙমদবা ব্রহ্মজ্যোতিসিমক ভগবান্দগী থোরকপনি। মরমসিনা ভগবান্দি (শ্রীকৃষ্ণদি) সৃষ্টি পুম্বগী পরম কারণ হায়বমুনি (অহং সর্ব্বস্য প্রভবঃ)।

পরমেশ্বর ভগবান্‌না সৃষ্টি তৌবদি থাংজমনা মুঙথংনচিংবা খুৎলাই পায়রগা পোৎ শাবগুম তৌবনি হায়না খনগদবা নত্তে। ভগবান্দি মাগী শক্তিশিং শীজিন্নমুনা সৃষ্টি তৌবনি। মহাক্কী শক্তিদি মখল মখা য়াম্না লৈ (পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে)। খোংনাংবট মহৈগী মরু পীশক অমনা বট পাম্বী অচৌবা অমা সৃষ্টি তৌবগুম্না ভগবাননা মাগী ব্রহ্মজ্যোতি শীজিন্নমুনা (স্ব রোচিষা) মরু (বীর্য্য) মখল মখা শন্দোক্লকয়ি অমুগা মরুশিংমু ব্রহ্মাণ্ডগুম্বা পুরুবশিংনা ঈশীং চাইমুনা তৌবদগী পাম্বীশিংগুম হোম হোম চাউথৎহল্লী। ব্রহ্মানা মরুশিংমু (বীর্য্যশিংমু) শাবা ঙমদে, অমুমদি ওইরগা মানা মরুদগী পাম্বীমু শকউৎহনবা ঙম্মী, মমুদি মালী অমনা ঈশীং চাইরগা পাম্বী চারাশিংবু হোম হোম চাউহনবদা মত্তেঙ পাংবগুম্বনি। গোকসিদা মুমীৎপু (সূর্য্যবু) খুদম ওইনা পীরিবসি যুৎ তাৱা অমনি। প্রাকৃত জগৎতা

মুমীৎনা মৈ, বিজুলি অমসুং থাবল-নচিংবা মঙালগী থোরকফম্নি। অতিয়াদা অঙানবা পোৎ পুম্নমক লৈরিবসি মুমীৎকী সৃষ্টি ঙাক্তনি, মুমীৎপুনা ব্রহ্মজ্যোতিগী সৃষ্টিনি অমসুং ব্রহ্মজ্যোতিনা ভগবান্গী মঙাল্নি। মতৌ অসুম্না সৃষ্টিগী পরম কারণদি (মরুদ মরু ওইবা থোরকফমদি) ভগবান্নি।

শ্লোক ১২

**তস্মৈ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ধীমহি ।**
**যন্মায়য়া দুর্জয়য়া মাং বদন্তি জগদ্গুরুম্ ॥১২॥**

তস্মৈ—মহাকপু; নমঃ—খুরুমজে, ভগবতে পরমেশ্বর ভগবানবু, বাসুদেবায়—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু; ধীমহি—ধ্যান তৌজে, যৎ—মহাক্কী; মায়যা—শক্তিনা; দুর্জয়যা জয় তৌবা য়াদবা; মাম—ঐহোক্দা, বদন্তি—মখোযনা হায়; জগৎ—জগৎ, গুরুম—মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী জয় তৌবদা রাববা (লাকঙম-ফাঙমদবা) মাযানা ঐবু জগৎকী মপুনি হায়না মখোযবু (খঙবা-রাংপা মীশিংবু) খলহনবা অদুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু (বাসুদেববু) ঐনা খুরুমজে অমসুং ধ্যান তৌজে।

নৈনরোল

ভগবানগী মাযা শক্তিনা শুমহৎপদগী খঙবা রাংপা মীতাশিংনা ব্রহ্মাজিবু নংত্রগা অতৈ অমবু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না লৌবগী রাসি মথঙগী শ্লোক অদুদা অমুক হেন্না শেংনা তাক্কনি। অদুম ওইনমক ব্রহ্মাবু অদুম্না হাযবদু মহাক্না যাদে: মহাক্না ভগবান বাসুদেবদা হাযবদি শ্রীকৃষ্ণদা অপাম্বনা খুরুম্মী; ব্রহ্মসংহিতাদসু (৫।১) হৌড়িক তৌরিবসুম্না পরমেশ্বর ভগবান্দা ব্রহ্মানা খুরুমখ্রবনি, মদুদি.—

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ ।**
**অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥**

"পরম ঈশ্বরদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি, মাগী দেহদি সৎ-চিৎ আনন্দময়নি। মাবু হানবা লৈতে (অনাদিনি), মানা ইহান হানবনি (আদিনি), মাদি থোরকযম পুম্নগী পোরকফম্নি (সর্ব্বকারণকারণম্-নি)। অদুগুম্বা ভগবান্ গোবিন্দবু ঐনা খুরুমজে।"

ব্রহ্মাজিনা মাগী মফম চপচারদু খঙজে, খঙবা রাংপা মীতাশিংনা ভগবন্মায়ানা শুমহৎখিবদগী মচিং-মশোল নাইনা অমবুসু অমবুসু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না লৌরনিবদুসু ব্রহ্মাজিগুম্বা দাযিত্ব-খঙবা মীদি মাবু মাগী শিষ্যশিংনা নল্লগা মথাথোংবশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্দুনি হায়বস্বদা মদু য়াদে। অদুগা চুই, গুক, উট অমদি লোলাগুম্বা মীতাশিংনা থাগৎলম্বা মী অপঙবদি মাবু ভগবান্নি হায়না কৌরবদা হরাওজরম্মী। অসিগুম্বা মীতাশিংনা মখোয়বু ঈশ্বরনি হায়বা মতমদা করিগী হরাওরিবনো অদুগা অসিগুম্বা মখোয়বু অপঙবনা করিগীদমক ঈশ্বরনি হায়বিবনো হায়বগী রাথমদু মথঙগী শ্লোক অসিদা তশেংনা তাক্লী।

শ্লোক ১৩

**বিলজ্জমানয়া যস্য স্থাতুমীক্ষাপথেঽমুয়া ।**
**বিমোহিতা বিকত্থন্তে মমাহমিতি দুর্ধিয়ঃ ॥১৩॥**

বিলজ্জমানয়া—ঈকায়রবা কনাগুম্বনা; যস্য—মহাক্কী; স্থাতুম্—লৈননবা, ঈক্ষা-পথে—মীৎমাঙদা, অমুয়া—মায়ানা; বিমোহিতাঃ—ভাওহল্লবা মখোয়দো; বিকত্থন্তে রারেম ভাঙভী; মম—ঐগী; অহম্—ঐ, ইতি—অসুম্না; দুর্ধিয়ঃ—অবিদ্যানা শুমহৎলবা জীব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌গী মায়ানা মানা তৌকবা লৌনমগীদমক ঈকায়বদগী মাঙদা লেপ্পা ঙমদে, অদুগা মায়া মানা শুমহৎলবা মীতাশিংনা "ঐনি অমসুং ঐগীনি" হায়বা রাখন্দা লুপথিবনা মতম পুম্বদা নাতৈ-চাদবা রারেম ঙাক্না ঙাঙী।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌গী লাক্ক-ফান-য়াদ্রবা মায়া হায়বদি অবিদ্যাগী মহুৎ-ওইবা অহুমশুবা শক্তিনা জীব-জগৎ পুম্ববু শুমহৎপ ঙম্মী, অদুবু ভগবান্‌গী মাঙদা লেপ্পা ঙম্ববা শক্তিদি মাগী লৈতে। অবিদ্যাদি ভগবান্‌গী মতুংদা লৈরগা জীবশিংবু লম্বী শেরাম্লনা হোইবা ঙম্ববা কল্লী, অদুগা মায়ানা ককঙাংনহল্লবা মীশিংগী মওংদি মখোয়না ঙাঙবা নাতৈচাদবা রাদুনা তাকয়ি। নাতৈচাদবা রাশিংদু বৈদিক সাহিত্যানা সমর্থন তৌদে: অদুগা নাতৈচাদবদা মকোক ওইবা রাঙাঙদি 'মসি ঐনি, মসি ঐগীনি' হায়বা রাঙাঙসিনি। লাই লৈ হায়বা থাজদবা সভ্যতাদি অসিগুম্বা ওইদবা ভাবশিংনা হোইদুনা পুই; ঈশ্বরবু উপলব্ধি তৌদবা মীতাশিংনা শাল্লবা ঈশ্বর অমবু মানিরে নংত্রগা মায়ানা ঙাওহল্লবা মীতাশিংবু শেরাম্লনা পুননবা হায়দুনা মখোয় মহাবু লাইনি হায়না ময়ানদা লাউথোকয়ি। অদুবু ভগবান্‌গী মাঙদা লৈবা অমসুং ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌরবা মীতাশিংবুদি মায়ানা শুমহৎপা ঙমদে; মরম্বসিনা 'মসি ঐনি' 'মসি ঐগীনি' হায়না শেরাম্লবা রাখলশিং অসিনা মখোয়দা চঙবা ঙমদে, মরমদুনা মখোয়সিনা শাশল্লবা লাইবু লাইনি হায়না লৌদে অদুগা মখোয় মশাবু ভগবানগা মান্নে হায়না লৌদে। মায়ানা ঙাওহল্লবা মীতাগী মশক মদু নৈনরিবা শ্লোকসিদা তরং-তরংনা তাকয়ি।

শোক ১৪

**দ্রব্যং কর্ম্ম চ কালশ্চ স্বভাবো জীব এব চ।**
**বাসুদেবাৎ পরো ব্রহ্মন্ ন চান্যোঽর্থোঽস্তি তত্ত্বতঃ ॥১৪॥**

দ্রব্যম-- মচন্ ওইবা পোৎশিং (লৈপাক, ঈশীং, মৈ, নুংশীৎ অমসুং আকাশ); কর্ম্ম -পোক্লকপগী মরম ওইবা থবক; চ—অমসুং; কাল —মতম; চ অমসুং; স্বভাবঃ—মতৌ নংত্রগা মওই; জীবঃ- জীব, এব —লেপ্পমক; চ—অমসুং; বাসুদেবাৎ - বাসুদেবদগী; পরঃ—অথোইবা; ব্রহ্মন্ ব্রহ্মণ; ন—নত্তে; চ অমসুং; অন্যঃ—তোঙানবা; অর্থঃ— কান্নবা; অস্তি—লৈ; তত্ত্বতঃ- অশেঙবদি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টিগী মচন্ ওইবা মৈ-ঈশীংনচিংবা মহাভূত মঙা, মখোয় ময়াম থেঙ্গায়নবদগী থোরকপা মরম ওইবা থবক, মতম, জীবশিংগী স্বভাব—মখোয়শিংসি পরমেশ্বর ভগবান বাসুদেবগী তোঙান তোঙনবা অংশ ঙাক্কনি। অশেংবদি মখোয়সিগী অর্থ (কান্নবা) অমা লৈতে।

নৈনরোল

উরিবা জগৎসি বাসুদেবগী ঙাক্কনি মরমদি মাসি সৃষ্টি তৌবগী মচনশিং, মখোয় মশেল শম্নদুনা ওইহল্লকপগী থবক, থবক অদুগী কল, ভোগ তৌরিবা ভোক্তা, জীবনচিংবা মখোয় পুম্নমকসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অন্তরঙ্গ অমসুং বহিরঙ্গ মায়া-শক্তিনা থোকহনবা ঙাক্কি। রাকমসি ভগবদ্গীতানসু হায়খ্রিবনি (৭।৪-৫) লৈপাক, ঈশীং, মৈ, নুংশীং অমসুং আকাশ, অদুগা মন,বুদ্ধি অহঙ্কার হায়বসি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ মায়ানা পুথোকপনি। হায়রিবা অপোবা অকুপ্পা মচনশিংনা মতমনা ওইহবা মতুংইন্না, তৌরকপা কর্ম্মবু ভোগ তৌরিবা জীবদু অন্তরঙ্গা প্রকৃতিনি; জীবসি ভৌতিক জগৎতা ওইরবসু নৎত্রগা প্রাকৃত নত্তবা জগৎতা ওইরবসু লৈননবগী মনিংতম্বা ঙাক্কি। প্রাকৃত জগৎতা জীবদি মায়ানা শুম্মী, অদুবু প্রাকৃত নত্তবা জগৎতদি মায়ানা করিমতা তৌদবা মথৈ মহাক লৈ। জীবদি ভগবান্‌গী তটস্থ (তোর্বাস্তাবা) শক্তি হায়না খঙনৈ।

অদুবু কীভম পুন্নমক্তা প্রাকৃত ওইবা অদুগা প্রাকৃত নত্তবা মচনশিংদু পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেবদগী মথা পোন্দবদি নত্তে, মরম্দি পোৎ পুন্নমক, ভগবানগী বহিরঙ্গ, অন্তরঙ্গা অমদি তটস্থা শক্তিদগী থোরকপা ওইরবসু, ভগবান্‌গী ব্রহ্মজ্যোতিনা উৎলকপা ওাক্লি; মদুদি করিগী মতৌগুম্না হায়রগা মৈনা ভানবা, শাবা, অমসুং মৈথু থুবগুম্বনি। মৈভান, মৈশা অমসুং মৈথুসি মৈদগী তোঙানদে—মখোয় লোইনমক তিল্লগা মৈ ওইরিবনি; মতৌ অদুগুম্না প্রাকৃত জগৎসু বাসুদেবগী হকচাঙগী মওালসু মতাক্কী নিরাকার ওইবা (শরুাই-দবা) মতৌনি, তশেংনা হায়রগদি মথক্তা পনথিবা পাৎ মচনশিংদগী তোঙানবা মাগী সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহ কৌবা দিব্য দেহ অদু লৌদুনা মহাক লৈবনি।

শ্লোক ১৫

**নারায়ণপরা বেদা দেবা নারায়ণাঙ্গজাঃ।**
**নারায়ণপরা লোকা নারায়ণপরা মখাঃ ॥১৫॥**

নারায়ণ—পরমেশ্বর ভগবান্ নারায়ণ; পরাঃ—থোরকযম্নি অদুগা মাগীদমক্লি; বেদাঃ—বেদশিং; দেবা—দেবশিং; নারায়ণ—ভগবান্ নারায়ণ; অঙ্গজাঃ—অঙ্গদগী পোকপনি, নারায়ণগী তেঙবাঙনবা পোক-পনি, নারায়ণপরাঃ—শ্রীনারায়ণগীদমক লৈবনি; লোকাঃ—(স্বর্গনচিংবা) লোকশিং; নারায়ণ পরাঃ—শ্রীনারায়ণবু পেলহন্নবগীদমক তৌবাঃ মখাঃ—যজ্ঞশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদশিংসে শ্রীনারায়ণ ভগবান্না লেংবনি অমসুং মাগীদমক লৈবনি; দেবশিংসি শ্রীনারায়ণগী হকচাঙ-কাযাৎ ওইনা মাবু সেবা তৌনবা লৈবনি, স্বর্গনচিংবা লোকশিংসিসু ভগবান্ নারায়ণগীদমক লৈবনি, অদুগা যজ্ঞশিংসু শ্রীনারায়ণবু পেলহন্নবা তৌবনি।

নৈনবোল

বেদান্তসূত্রগী মতুং ইন্না (শাস্ত্রযোনিত্বাৎ), পরমেশ্বর ভগবান শাস্ত্র পুন্নমক্কী কর্ত্তানি অদুগা শাস্ত্র পুন্নমক ভগবান্ মহাকপু খঙননবা লৈবা লাইরীক্লি। বেদগী অর্থদি ভগবান্‌বু খঙননবা জ্ঞান হায়বদুনি। বেদশিংসে মায়াবদ্ধ জীবশিংনা কাউকববা জ্ঞান অদু হন্না নীঙশীংহন্নগীদমক্তনি; ভগবানবু নীঙশিংনবা নত্তবা সাহিত্যদি নারায়ণগীদমক লৈবা ভক্তশিংনা হেক্তা লৌদে। শ্রীনারায়ণবু লক্ষ্য ওইনা লেংদবা মায়াগী লাইরীকশিংদি জ্ঞানগী করিমতা নত্তে, মখোয়দুদি জগৎনা হুন্দোক্লবা থুনাম নাঙৈবু পাম্বা কাক-শিংগী শান্নবুংনি। জ্ঞানগী লাইরীক খুদিংমক (বিজ্ঞানগী অমসুং কলাগী) নারায়ণবু খঙননবা ওইগদবনি; নংত্রবদি লাইরীকতু লংশেক্কদবনি। মতৌ অদুম্না জ্ঞান তানখৎপা হায়বদু ওইগদবনি। লাৎনভাই লাই-কোক হায়বদু নারায়ণনি। দেবতাশিংবু লাৎপদি নারায়ণগা মরী লৈনবদগী লাৎলু হায়বনি; মরমদি দেবতাশিংদি ব্রহ্মাণ্ডগী থৌশীল লাকপদা নারায়ণগী তেঙবাঙনবা লৈবনি। রাজ্য অমগী কর্ম্মচারীশিংবু মখোয়না নিংথৌ মনাই ওইদুনা মরী লৈনবা মরম্না লৈপাক্কী মীয়াম্না সম্মান তৌবগুম্না দেবতাশিংনা নারায়ণগা সম্বন্ধ লৈবগীদমক মখোয়বু লাৎনরিবনি। ভগবানগা মরী লৈনদ্রবদি দেবতাশিংবু লাৎপা য়াদে (অবিধি-পূর্ব্বকম্), মদুদি উ-পাম্বী অমগী মরুদদি ঈশীং চাইদ্রগা উনাগা উশাগদা ঈশীং চাইহৈদব-গুম্বনি। মরমসিনা দেবতাশিংসু নারায়ণগী মথা পোনবনি। লোক ময়াম লৈরিবসিসু পাম্নভাই ওই মরমদি লোকশিংদুদা সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহগী শরুক অমা ওইবা জীব মখল মথা মুংভাইনা লৈ। জীব খুদিং-মক সচ্চিদানন্দ হায়বদু পাম্বী। প্রাকৃত জগৎতদি অসিগুম্না সচ্চিদানন্দ হায়বদু স্বর্গনচিংবা থক্লোমগী মরোলশিংদা কাথৎ-কাথৎলগা হেন্‌গৎ হেন্‌গৎনা ফংনৈ; অদুবু মযমশিংদু য়ৌরবা তুংদা অসুম অসুম চাওখৎ থোক্তথাং থাংলকপনা ভগবান্‌গী নাক য়ৌনীঙখৎলকয়ি। লোক মতা মতাদুগী মতুং ইন্না চিদানন্দগী

মচাঙ শরক্কা লোয়ননা জীবশিংগী আয়ুস্সু মথঙ মথঙ হেন্জংলি। লোক তোঙান তোঙানবা লৈরিব-শিংসিদা কনাগুম্বগী আয়ুত্থু লীশীং লীশীং লক্ষ লক্ষ হেন্গৎহনবা য়াইদি হায়ববু নিত্যাদি ওইদে (হায়বদি লোইথম্বা নাই)। অদুবু কনাগুম্বনা খ্বাইদগী মথক্তা ইরাং-রাংবা লোক হায়বদি ব্রহ্মলোক (ব্রহ্মাগী ধাম) অদু য়োঁষা ভয়বদি মহাক পরব্যোমগী (বৈকুণ্ঠ আকাশগী) লোকশিংদা য়োঁবগী আশা তৌবা য়ারে। বৈকুণ্ঠ আকাশগী লোকশিংদদি জীবগী আয়ুদু নিত্য ওইরে। মরমসিনা লোক অমদগী লোক অমা তৌদুনা অস্থম অস্থম কাখৎপসিনা মমৈদ-মমৈদা পরমেশ্বর ভগবান্গী পরমধাম হায়বা লোক অদুদা (মদ্ধাম হায়ব-দুদা) য়োঁরগা লোইরে; মফমদুদদি সচ্চিদানন্দময় জীবন হায়বদু ওই। যজ্ঞ মখল মথেল তৌনরিবা পূন্ন-মক ভগবান্ নারায়ণবু পেলহন্দুনা মাগী নাক য়োঁননবা তৌবা ঙাক্লি, অদুনা কলি যুগসিদা খ্বাইদগী হেনবা যজ্ঞনি হায়নরিবসে সঙ্কীর্তন যজ্ঞনি, মসিনা নারায়ণপরা ভক্তগী ভক্তিসেবাবু য়োকখৎনবা মরুওইবা কায়দোঙফয়ি।

শ্লোক ১৬

**নারায়ণপরো যোগো নারায়ণপরা তপঃ।**
**নারায়ণপরং জ্ঞানং নারায়ণপরা গতিঃ ॥১৬॥**

নারায়ণপরঃ—নারায়ণবু খঙননবা; যোগঃ—পুক্নীং থিংজনবা; নারায়ণপরা—নারায়ণবু ফংননবা; তপঃ—অবা খাঙবা তপ; নারায়ণপরম্—নারায়ণবু হাইফেৎ উননবা; জ্ঞানম্—জ্ঞান; নারায়ণপরা—নারায়ণগী ধামদুদা চঙননবা; গতিঃ—অরান-খুভম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধ্যানযোগ পূন্নমক নারায়ণবু উপলব্ধি তৌনবগী উপায়নি। অবা-খাঙবা তপ পূন্নমক নারায়ণবু ফংননবগীদমক্নি। দিব্যজ্ঞান ফংননবা চর্চা পূম্বা নারায়ণবু হাইফেৎ দর্শন ফংননবগীদমক্নি, অদুগা মমৈদ মমৈদা মোক্ষ (অরান-খুভম) ফংবা হায়বসি নারায়ণগী ধামদা চঙবনি।

নৈনরোল

ধ্যানগী মতাঙদা যোগ মখল অনী লৈ মদুদি অষ্টাঙ্গ-যোগ অমসুং সাংখ্য যোগ। কনাগুম্বনা হীরম অতৈ পূন্নমক্তা পুক্নীং চঙবা পূঙতোক তোক্লগা ধ্যান, ধারণা, সমাধি, আসন, প্রাণয়াম-নচিংবগী নিয়ম্না তৌরগা পুক্নীংবু পুঙলুপ লুপহনবা সাধন অদু অষ্টাঙ্গযোগনি। সাংখ্যযোগ হায়বদুনা সৎপু অসৎ-তগী খেন্নবা তাক্লবগীনি। অদুবু যোগ মখল অনীমকসি পোলোইদা পরমেশ্বর ভগবান্ নারায়ণগী অংশ ওইবা নিরাকার ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌবনি। ঐখোয়না মথক্তা নৈনখিবদুনি, নিরাকার ব্রহ্মজ্যোতিদি সাকার পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশনি। নিরাকার ব্রহ্মদি পরমেশ্বর ভগবানগী দেহদা লৈবনি, মরমদুনা ব্রহ্মদি ভগবান্গী হকচাঙগী মঙান্নি। বাফমসি ভগবদ্গীতা অমসুং মৎস্য পুরাণ্না হায়রিবনি। গতি হায়বসি মোক্ষগী অরোইবী পম্বুং হায়বদি পোলোই ওইবা মতানি। নিরাকার ব্রহ্মদা লুপ্পুনা তিনবা হায়বসি মোক্ষগী পোলোই হায়বদু নত্তে; মদুদগী হেনবা পোত্তি বৈকুণ্ঠ আকাশদা শীঙনাইদনা লৈরিবা লোক অমদা পরমেশ্বর ভগবান্গা লৈমিন্নবনি। মরমদুনা বা হায়ববু যোগ পূন্নমক্কী পোলোই ওইবা পম্বুংদি নারায়ণনি হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্নি।

শ্লোক ১৭

**তস্যাপি দ্রষ্টুরীশস্য কূটস্থস্যাখিলাত্মনঃ।**
**সৃজ্যং সৃজামি সৃষ্টোঽহমীক্ষয়ৈবাভিচোদিতঃ ॥১৭॥**

তস্য—মহাক্কী; অপি—লেপ্পমক; দ্রষ্টুঃ—অউবা মাগী; ঈশস্য—পরমেশ্বরগী; কূটস্থস্য—প্রাণী পুম্নমক্কী বুদ্ধিদা লৈবা মহাক্কী; অখিল-আত্মনঃ—বিশ্বগী আত্মা ওইবা মহাক্কী; সৃজ্যম্—শেম্লবা পোৎ; সৃজামি—শেম্মী; সৃষ্টঃ—শেম্লবা; অহম্—ঐ; ঈক্ষয়া—য়েংলগা; এব—লেপ্পমক; অভিচোদিতঃ—থৌজল্লকপনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশ্ব-আত্মা ওইরিবা পরমেশ্বর নারায়ণনা মীৎয়েং তাবদদা শেম-শারবা পোৎশিংছু মাগী থৌইন্জিন্দগী ঐনা পুথোকপনি; ঐবুসু নারায়ণ মহাক্না শেম্বনি।

নৈনরোল

বিশ্বগী সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্মা মহাক্কি অশেঙবা সৃষ্টিকর্ত্তা নত্তে মহাকপু ভগবান্ নারায়ণনা অমুপ্রেরণা তৌবনি (ইন্সন্বনি), মরমছুনা জীব পুম্নমক্কী পরমাত্মা ওইরিবা নারায়ণনা হান্নবা শারবা পোৎচৈশিংছু মহাক্কী মীৎয়েং মথাদা ব্রহ্মানা শেম্বনি। পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মা হায়বা আত্মা অনীসি জীব খুদিংদা লৈ হায়বসি বিশ্ব-কর্ত্তা ফাওবনা হায়রি। পরমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবান্নি অদুগা জীবাত্মাদি ভগবান্গী মতম পুম্বদা ওইবা মনাইনি (নিত্যদাসনি)। ভগবান্না শাছুনা লোইরবা পোৎ অদু মহাক্না জীবাত্মাদা শাও হায়ন। ইন্শল্লি, অদুগা ভগবান্গী শুভ ইচ্ছানা পৃথিবীদা লৈবা পোৎ অমা পুথোকপা মীবু পুথোকপা মীনি হায়না থাজহল্লি। কলম্বসনা নোংচুপথংবা পৃথিবীগী ভংখাই লম পুথোক্লম্বনি হায় অদুবু চমছুদি কলম্বসনা শেম্লম্বা নত্তে। পাক চাওথ্রবা লমছুদি ভগবান্না সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা অদুনা মরম ওইদুনা হান্নবা শেম্লম্রবনি। অদুগা কলম্বসনা ভগবান্গী মফমদা হান্না তৌজখিবা কর্ম্মগী ফল ওইনা মহাকপু আমেরিকা পুথোকপগী মিংচৎ অদু ভগবান্না ফংহন্বনি। মতৌ অসিগুম্না ভগবান্গী য়াথং য়াওদ্রবদা কনামতনা করিমত্তা শাবা ঙমদে, মরমদি মীপুম খুদিংমক মা-মাগী শক্তি মতুং ইন্না উজবনি। অদুগা শক্তি আসিবু মী মীছুনা ভগবান্গী মফমদা সেবা তৌনীংবগী মতুং ইন্না ভগবান্না মঙোন্দা পীবিবনি। মরমসিনা মীওইবনা ভগবান্দা সেবা তৌনীংনা তৌগদবনি, মতৌ অসুম্না সেবা তৌরিবা মীছুদা মা-মানা ভগবান্দা চঙজবা শক্কী চাং যেংছুনা শক্তি হাপ্পী। ভগবান্ ব্রহ্মাদি পরমেশ্বর ভগবান্গী মহান্ ভক্ত অমনি, মরমছুনা ঐখোয়গী মীৎমাঙদা লৈরিবা বিশ্বজগৎসি সৃষ্টি তৌনবগীদমক ব্রহ্মাদা ভগবান্না শক্তি হাপচল্লি হায়বদি থোইনসিন্বী। ভগবান্না অর্জুনবুসু কুরুক্ষেত্রদা লাল তৌ হায়না ইনসন্খিবগী বাহৈদো মথাদা পীরি। মছুদি :—

তস্মাৎ ত্বম্ উত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব জিত্বা শত্রূন্ ভুঙ্ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।
ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্বমেব নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্॥ (গীতা ১১।৩৩)

কুরুক্ষেত্রগী লাল নহৈগা মফম অমদা নৎত্রগা মতম অমদা তৌবা লাল অদু ভগবান্গী ইচ্ছাতনা ওইবনি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াথং য়াওদনদি কনাগুম্বা অমতনা চবুন-চবুন হাৎপা মীহাৎসি তৌবা ঙম্বা নত্তে। দুর্য্যোধনগী পক্ষনা কৃষ্ণ-ভক্ত অচৌবী দ্রৌপদীবু ইকাইবা পীখি, অদুনা মহাক্না ভগবান্দা অমসুং তৌহৈদবা ইকাইবা মপী অদুবু রা মচেৎ অমফাওবা ঙাওদবমখৈ য়েংছুনা লৈরম্বা মীয়ামছুদসু কনবিনবা হায়জরম্মী। মতুংদা অর্জুনবু লাল তৌরগা মিংচৎ তালহৌ হায়না ভগবান্না তাকপিখি; নৎত্রগদি দুর্য্যোধনগী পক্ষদি ভগবান্গী ইচ্ছানা শোয়দনা মওং অমদা থঙদে অমদা থঙদে হাৎপ্রগদবনি। মরমছুনা অর্জুনবু প্রতিনিধি ওইযু অদুগা ভীষ্ম অমসুং কর্ণগুম্বা মহান্ সেনাপতিশিংবু হাৎলগা মিংচৎ তাল্হৌ হায়না তাকপিখি।

কঠ-উপনিষদ্-কুম্বা বৈদিক গ্রন্থশিংদা ভগবানবু 'সর্ব্বভূত-অন্তরাত্মা' হায়বদি জীব খুদিংগী দেহনুংদা লৈবা অমস্তুং মঙোন্দা মত্তাবু কংথোকচরবা জীবাত্মা অমগী থবক খুদিংমকপু শীন্নিবা পরমেশ্বর ভগবান্ হায়না বর্ণন্ তৌয়ি। ভগবান্দা মত্তাবু কথোক্তবা জীবশিংবু মায়াগী মথুক্তা শিন্নথোকয়ি (ভ্রাময়ন্ সর্ব্ব-ভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া); মরমতুনা মখোয়বু লম্নাই তৌনীংবা তৌজো হায়না থাদোক্লগা তৌজমল যংতুনা অরাবা নংহল্লি। ব্রহ্মা অমস্তুং অর্জ্জুনগুম্বা ভক্তদি মরম্নাই ওইনা করিগুম্বা অমতা তৌদে, মখোয়দি মত্তাবু পূর্ণক° কথোকচরবা গীতাগী হৌনবা মতম পুম্বদা ভগবানগী ইঙ্গিত ঙাইতুনা লৈ; মরম-তুনা মযামগী মীংযেংদা ভক্তঙাই ওইববা থবক তৌনবা হোৎনৈ। ভগবান্গী মিং অমনা উরুক্রম হায়বদি যাম্না ভক্তঙাই থবক তৌবা কৌযি অমস্তং মাগী থবক খুদিংমক মীওইবগী রাথম্না লাম্নাই নত্তে, মরমতুনা মাগী ভক্তশিংনা তৌথোনকপা থবকশিংতু ভগবান্গী যাথং ইন্বদগী তৌবনিনা কবি করিগুম্বদা য়াম্না ভক্ত-ঙাই ওইবা মাল্লি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা বুদ্ধি লৈবা জীবলক্তা মকোক ওইরিবা ব্রহ্মাদগী হৌতুনা পীকপদা মাপা লৈত্রনা ককচেং যাওবদা জীব খুদিংগী বুদ্ধিতু ভগবান্না অন্তর্যামী ওইনা মীৎয়েং তাতুনা য়েংলিবনি। ভগবান্না যাম্না কুথা মওংদা জীব খুদিংগী মনুঙদা লৈ হায়বসি রাথলগী, থম্মোইদা পান্বগী অমদি নীংবগী পুক্নীংদা ওইবা যল নৈনবা বুদ্ধি লৈবা মীতানা খঙই।

শ্লোক ১৮

**সত্ত্বং রজস্তম ইতি নির্গুণস্য গুণাস্ত্রয়ঃ ।**
**স্থিতিসর্গনিরোধেষু গৃহীতা মায়য়া বিভোঃ ॥১৮॥**

সত্ত্বম্— সত্ত্বগুণ (অফবা); রজঃ—রজগুণ (অপাম্বা); তমঃ— তমগুণ (অমম্বা, খঙদবা); ইতি— মখোবসি; নির্গুণস্য —প্রাকৃতগুণগী রাংবদা লৈবা মহাক্কী, গুণাঃ – গুণশিং, ত্রয়ঃ— অহুম; স্থিতি –লৈবা; সর্গ— শেম্বা (সৃষ্টি), নিরোধেষু- মাঙ-তাকপদা; গৃহীতা লৌয়ে, মায়য়া— মায়ানা, বিভোঃ— বিষ্ণুগী (মযম খুদিংমক্তা শীন্দুংনা লৈরিবা মহাক্কী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিভু পরমেশ্বর মহাশক্তি নির্গুণ ওইবনি (প্রাকৃত গুণ অহুমগী রাংমদা লৈবনি), অহুম ওইনমক প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয় তৌননবগীদমক পরমেশ্বরনা মাগী মায়া-শক্তি শীজিন্নতুনা গুণ অহুমসি লৌযি।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা গুণ অহুমসিনা উংলিবা বহিরঙ্গ শক্তিগী মবুংঙোনি, মরম-তুনা মঙোন্দা মায়া শক্তিগী প্রভাব কদৌংদত্ত চঙবা ঙমদে। অদুবু জীবশিংদি মায়িক গুণশিংনা লাকথুবা ঙম্মী। ভগবানগা জীবশিংগগী মরক্তা থেন্নবা লৈরিবদি অসিনি। জীবাত্মাশিংসি পরমেশ্বর ভগবানগা অংশী অমস্তুং অংশ ওইবগীদমক অমতা ওইরবস্তু জীবশিংদি প্রাকৃত গুণশিংগী মথা পোল্লী। অমবোমদা হায়রগা প্রাকৃত গুণশিংসি ভগবান্গী শক্তি মায়া হায়বতুদগী থোরকপনিসা ভগবান্গা মখোয়গা অশেঙবা সম্বন্ধ অমবুদি মরৈনবি, অদুমকপু সম্বন্ধসিদি মপুগা মনাইগগী সম্বন্ধতুনি। পরমেশ্বর ভগবান্দি মায়াগী খুতুম-চন্বা মপুনি, অদুগা জীবশিংনা মায়িক ভগত্তা অযা-অপুন্নথিবা মরম্না মায়াগী মপু নত্রগা খুতুমচন্বস্তু নত্তে। মতুগী মতুত্তা জীবশিংবু মায়ানা মথা পোলহল্লী অমস্তুং খুতুমচল্লী। অশেংবদি ভগবান্বু প্রকাশ তৌবদি মাগী অন্তরঙ্গ শক্তিনা উৎপনি মতুদি করিগী মতৌগুম্না হায়রগা নোংমংদবা অতিযাদা নুমীৎকা মাগী মঙান্গনা তৌবগুম্না, অদুবু করি করিগুম্বা মতমদা নুমীৎনা নোং পোকহনবগুম্না ভগবান্না মায়া-শক্তি থোকহল্লী। মংলকপা নোংনা নুমীৎপু শোকপা ঙমদ্বস্তুম্ ঙমথৈ-লাইদবা ভগবানবু মাগী ঙমথৈ নাইদবমথৈ ঙাল্লিবা ব্রহ্মজ্যোতিদা করিগুম্বা মতমদা ওইরকপা মায়িক শক্তিনা শোকপা ঙমদে।

শ্লোক ১৯

**কার্য্যকারণকর্তৃত্বে দ্রব্যজ্ঞানক্রিয়াশ্রয়াঃ।**
**বধ্নন্তি নিত্যদা মুক্তং মায়িনং পুরুষং গুণাঃ ॥১৯॥**

কার্য্য—থোয়রকপা ফল; কারণ—থোরককম; কর্ত্তৃত্বে—তৌবা থবক্তা; দ্রব্য—পোৎ; জ্ঞান—খঙবা; ক্রিয়া-আশ্রয়াঃ—অদুগুম্বা খুদমশিংনা উৎলি; বধ্নন্তি—অফা-অপুন্নৈ; নিত্যদা—মতম পুম্বদা; মুক্তম্—অয়ানখুভমদা লৈম্লিবা; মায়িনম্—মাযানা অফা-অপুন্নববা; পুরুষম্—জীববু, গুণাঃ— মাযিকগুণশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত গুণ অসিনা জডদ্রব্য, জ্ঞান অমসুং থবক ওইনা উৎলবগা নিত্যমুক্ত ওইবা জীবাত্মাবু কার্য্য কারণগী মথাদা লৈহল্লগা মানা তৌবা থবকশিংগীদমক দাযী ওইহল্লী।

নৈনরোল

নিত্যমুক্ত জীবশিংসে অন্তরঙ্গ অমসুং বহিরঙ্গ শক্তিগী মরক্তা লৈবা মরম্না মখোযবু ভগবানগী তটস্থা (নাবাস্নাবা) শক্তি হাযনা কৌনৈ। তশেংবদি জীবশিং প্রাকৃত শক্তিনা অফা-অপুন্নদবা যাদে হাযবা লৈতে, অদুবু প্রাকৃত শক্তিগী মপু ওইনীংবগী শেরাম্নবা ৱাখল অমনা লাকথুবা মরম্না মখোয প্রাকৃত শক্তিগী মখা পোল্লী, অদুদগী প্রাকৃত গুণ অদুম্না মখোযবু খুদুম চল্লী। ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ শক্তি মাযাসিনা জীবনা ভগবান্‌গা লোযননা নিত্য ওইনা লৈমিন্নৈ হায়বগী বিশুদ্ধ জ্ঞান অদুবু কুপশল্লী, কুপশনবদনা মতম শাংনা তত্ত্বমথৈ কুপশল্লবা মরম্না মাযাবদ্ধ জীবদু মতম পুম্বদা খঙদবা ওইনা লৈবা মাল্লবর্গন। মাযাগী হাযবদি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ শক্তিগী অঙকপা থবকসে প্রকৃতিনা তৌহনবদোনা উহল্লী। মাযাগী কুপ শন্নবা শক্তিনা কুপ্পা মরম্না জড বিজ্ঞান নৈনবা মীতানা প্রাকৃত কারণশিংদগী হেন্না করিমতা উবা ঙমদে। অদুবু তশেংবদি প্রাকৃত কারণশিংসিগী মতুঙদা অধিভূত, অধ্যাত্ম অমসুং অধিদৈব হাযবা থবকসু লৈ, মযামসি মাযাবদ্ধ জীবনা তমগুণ-দা লৈবনা করিমতা উবা ঙমদে। অহন ওইবা অমসুং অনায়েক্তা লোয়নবা জন্ম মৃত্যু হনজন্ হনজন্ ওইবসি অধিভূত হাযবা থবক্রি, অধ্যাত্মনা জীবাত্মাবু অফা-অপুন্নৈ অদুগা অধিদৈবনা যেংশন্‌বগী থবক তৌযি। মযামসিনা কার্য্য-কারণ অমসুং কর্ত্তাগী জভীয ওইবা মওংনি। মখোযসিনা মাযাবদ্ধ ওইবা ফীভমগী মওংনি অমসুং অসিগুম্বা মাযাবদ্ধতাদগী নীওইবগী মুক্তিদি থ্বাইদগী ৱাংবা সিদ্ধি হাযবনি।

শ্লোক ২০

**স এষ ভগবাঁল্লিঙ্গৈস্ত্রিভিরেতৈরধোক্ষজঃ।**
**স্বলক্ষিতগতির্ব্রহ্মন্ সর্ব্বেষাং মম চেশ্বরঃ ॥২০॥**

সঃ—মহাক; এষঃ—অসি; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান; লিঙ্গৈঃ—খুদম্না (চিহ্ননা); ত্রিভিঃ—অহুম্না; এতৈঃ—মখোযসিনা; অধোক্ষজঃ—ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা ঙমদবা; সু-অলক্ষিত—নীঙথিনা উদবা; গতি—মতৌ; ব্রহ্মন্—হে নারদ; সর্ব্বেষাম্—পুম্নমক্কী; মম—ঐগী; চ—অমসুং; ঈশ্বরঃ— মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ নারদ, মথক্তা হায়রিবা প্রাকৃত গুণ অহুমসি মরম ওইদুনা অধোক্ষজ ভগবানবু জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা ঙমদে। ভগবান্‌দি লোইনমক্কী অমসুং ঐহাক্কীসু মপুনি (ঈশ্বরনি)।

নৈনরোল

ব্রহ্মজ্যোতি হায়বা ভগবান্গী মঙানবু বা ওইনা হায়বা অদুগা পরতত্ত্ব হায়বদুদি নিরাকারনি অদুগা করিগুম্বদা দরকার লৈরগা শক অমা উৎপদনি হায়না হায়রিবা নিরাকারবাদীদি সাকারবাদীদগী খঙবা রাংপনি, তৌবগীবু দি নিরাকারবাদীদুনা লক্ষারক বেদান্ত নৈনরবনু। বা অশেঙবদি নিরাকারবাদীশিংসে মথক্তা পনখিবা প্রাকৃত গুণ অদুমসিনা কুপ্লি; মরমদুনা মখোয়না পরমেশ্বর ভগবান্গী নাক্তা য়ৌবা ঙমদে। ভগবান্গী নাক্তা মীপুম খুদিংনা য়ৌবা ঙমদে, মরমদি ভগবানবু মাগী যোগমায়া শক্তিনা য়ুথন খনবদৌনা খন্দুনা থম্মী। অদুগা ভগবানসে অহানবদা অব্যক্ত (ফোঙদোক্তবা) ওইরম্মী, হৌজিক্তি মীওইবগী মূর্তিদা মশামকপু ব্যক্ত ওইরে হায়না শেরান্নবা খনফদে। পরমেশ্বর পুরুষোত্তম্ ভগবানবু নিরাকারনি হায়না শেরান্নবা খল্লিবসি ভগবান্গী যোগমায়া হায়বা য়ুথনসিনা মরম ওইবননি, অদুগা য়ুখনসি মায়াবদ্ধ জীব অদুনা ভগবানদা হেক চঙজবগা ভগবানগী ইচ্ছানা লৌথোকপা য়াগনি। প্রাকৃত গুণ অদুমসিগী বাংমদা লৈবা ভগবদ্ভক্তশিংনা মখোয়গী মক্তবা প্রেমসেবাগী মীংযেংনা ভগবান্গী সচ্চিদানন্দময় বিগ্রহবু উবা ঙমগনি।

শ্লোক ২১

**কালং কর্ম্ম স্বভাবং চ মায়েশো মায়য়া স্বয়া।**
**আত্মন্ যদৃচ্ছয়া প্রাপ্তং বিবুভূষুরুপাদদে ॥২১॥**

কালম্- নিত্য ওইবা মতম; কর্ম—জীবগী তৌজমল ওইবা লাইবক; স্বভাবম্—মচৎ; চ—সু; মায়া—মাযাশক্তি; ঈশঃ—মপু; মায়য়া—শক্তিনা; স্বয়া—মশাগী; আত্মন্ (আত্মনি)—ভগবান্ মশামক্তদা: যদৃচ্ছয়া—মনীঙ তম্না, প্রাপ্তম্—লৈরবা; বিবুভূষুঃ—মথল-মথেল ওইনীংবা মহাক্না: উপাদদে আশ্রয় পীবি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শক্তি পুম্নমক্কী মবুংঙো ভগবান্না মাগী মায়া শীজন্নদুনা নিত্য ওইবা মতম, জীবশিংগী লাইবক অদুগা মখোয় মখোয় লন্নাই-ওইবা স্বভাব (লৌচৎ) অদু সৃষ্টি তৌই, মরমদি মখোয়গী স্বভাবতুগীদমক জীবশিংবু সৃষ্টি তৌবনি; অদুগা ভগবান্না অমুক হন্না মনীঙ তম্না মখোযদা আশ্রয় পীনবি।

নৈনরোল

প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসিদা লৈবা মাযাবদ্ধ জীবশিংবু ভগবান্গী খা-পোন্না থবক তৌহল্লি; অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টি অমসুং প্রলয় হনজন্ হনজন্ তৌই। প্রাকৃত সৃষ্টিসি ওমখৈ নাইদবা অতিয়াদা মঙবা নোংমং অমগুম্বা পোৎনি। তশেংবা অতিয়াদি পরব্যোম (বৈকুণ্ঠ আকাশ) হায়বসিনি, মসি মতম পুম্নমক্তা ব্রহ্মজ্যোতি কৌবা মঙান অদুনা থনবনি। ওমখৈ নাইদবা পরব্যোম অসিগী শরুক মচেৎ অমদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী মহৎতত্ত্ব কৌবা নোংমং অদুনা কুপ্নী: মায়াবদ্ধ জীবনা ভগবান্গী ইচ্ছাগী মায়োক্তা মহৎতত্ত্বসিবু খুদুম চন্নীংঙী; ভগবান্গী মীংয়েংখাদা মাগী বহিরঙ্গ শক্তি শীজন্নদুনা জীবশিংবু মখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না শান্নহল্লি। নোংজুথানা কুম খুদিংগী লাক্লগা অমুক লোইবগুম্বা সৃষ্টিসি অমুক অমুক লাক্লগা প্রলয় অমুক লাক্তনা লোইশন্নী; মসিসু ভগবান্গী থৌশীস মথাদনি; বাকমসি ভগবদ্গীতানা হায়রিবনি (৮।১৯)। অদুনা সৃষ্টি-প্রলয় হায়বসি জীবশিংনা মাগী মাগী মনীঙ তৌনা পামজবা মতুং ইন্না শান্নজরগা মরাইবক শেমজনবা (তৌজমল কংনবা) ভগবান্গী তত্ত্বনা তৌবা থবক্তি। মরমসিনা সৃষ্টি হায়বসি ঐতিহাসিক ওইবা তারিক অমদা থোকপা জাংনি (ঐখোয়না খঙবা খরদংগী বা হায়বা

তারবদি পোৎ থুদিংগী ঙহৌবা হায়বা অমা লৈ)। স্বষ্টি অমস্তুং প্রলয় হায়বা থবকসিবু অনাদি হায়না কৌয়ি, হায়বদি ইহান হানবা স্বষ্টি তৌখিবগী মতম অতুগী রা হায়বা য়াদে, মরমদি স্বষ্টি মচেৎ মকায় অমগী কাওবা মাগী মতমতু চহী ৮,৬৪০,০০০,০০০-নি। অতুম ওইনমক বৈদিক সাহিত্যশিংদা হায়বগুম্না স্বষ্টিগী নিয়মদি অসিনি মতুদি ভগবান্না অকক্কবা মতমদা স্বষ্টি তৌরগা ভগবান্গী ইচ্ছা মতুং ইন্না প্রলয অমুক-মুক তৌয়ি। প্রাকৃত স্বষ্টি নত্রগা অপ্রাকৃত স্বষ্টি অপুনবসি ভগবান্গী মায়া শক্তিগী শকউৎনি, মতুদি মৈগী মৈঙান অমস্তুং মৈশা মৈগী শক্তিনা উৎপা তোঙান-তোঙনবা শকউৎ অনী লৈব-গুম্বনি। মরমতুনা ভগবান্না মতৌ অম্তুম্না মাগী শক্তি পাকথোকহন্দুনা মহাক্কী নির্ব্বিশেষ রূপ অতুদা লৈ, অমস্তুং স্বষ্টি মপুমতুস্তু মহাক্কী নির্ব্বিশেষ রূপ অতুদা তোংতুনা লৈ। অতুম ওইনমক ভগবান্দি মাগী স্বষ্টি-দগী 'পূর্ণম্' (মপুম-ফাবা পোৎ) ওইনা তোঙান্না লৈ, মরমতুনা ভগবান্গী ঙমখৈ-নাইদবা নির্ব্বিশেষ রূপ লৈবনা মাগী সবিশেষ রূপ লৈতে হায়না কনাগুম্বনা শেবান্ননা খন্ফম্ থোক্কে। নির্ব্বিশেষ রূপ-তি ভগবান্গী শক্তিগী প্রকাশনি মহাক্তি মতম পুম্বদা সবিশেষ মৃত্তিদা লৈ তৌবগীবুদি মহাক্কী নির্ব্বিশেষ শক্তি-শিংগী প্রকাশ মশীঙ নাইদবরখৈ অমদি ঙমখৈ নাইদবমখৈ লৈরবস্তু (গীতা ৯।৫-৭)। স্বষ্টি পুম্বসি মতৌ কয়া ভগবান্গী শক্তিগী মথক্কা তোংতুনা লৈরিবনো হায়বসি মীওইবগী বুদ্ধিনা লাপ্পদা রায়, অতুবু ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা চপচাবা খুদম অমা পীরি। মুংশীংকা পরমাণুশিংগসি পাক-চাউথ্রবা অতিয়াগী মনুংদা লৈবস্তু (অতিয়াসি স্বষ্টিগী পোৎ থুদিংমকী তুঙখম মানবনি) অতিয়াসি তোঙাম্বাবা অমদি বাবমতা শোকপা ঙমদনা ওইনা লৈ। মতৌ অতুগুম্না ভগবান্না পোৎ থুদিংমক স্বষ্টি তৌরবস্তু মহাক মতন পুম্নমক্কা তোঙান্না তাই। রাযমসি নির্ব্বিশেষবাদী অচৌবা শঙ্করাচার্য্যমক্কা য়ারিবনি। 'নারায়ণঃ পরোব্যক্তাৎ' হায়বদি নারায়ণদি মাগী নির্ব্বিশেষ স্বষ্টি শক্তিদগী তোঙান্না লৈ হায়না শঙ্করাচার্য্যনা হায়বর্দী। প্রলয়গী মতমদা স্বষ্টি পুম্বসি প্রাকৃত-নত্তবা নারায়ণগী হকচাঙ মমুঙদা লুপ্পী, অতগা মাগী হকচাঙদগী জীবশিংগী মাগী মাগী ওইবা মরায়বক্কা স্বভাবকা লোয়ননা অমুক থোবকয়ি। জীবশিংসে ভগবানগী অংশ চাক্তনিনা মখোয়বু আত্মা হায়না কৌয়ি, হায়বদি স্বরূপ য়েংলুরগদি ঙমতনি হায়বনি। অতব অসিগুম্বা জীবাত্মাশিংসে প্রাকৃত স্বষ্টিনা চিংশন্দুনা মাগী মথা পোন্না থবক তৌয়ি হায়তুনা মখোয়সি ভগবান্গা খেন্নবনি।

শ্লোক ২২

**কালাদ্ গুণব্যতিকরঃ পরিণামঃ স্বভাবতঃ।**
**কর্ম্মণো জন্ম মহতঃ পুরুষাধিষ্ঠিতাদভূৎ ॥২২॥**

কালাৎ—লেঙদবা মতমদগী; গুণব্যতিকরঃ—গুণশিংনা ফীভম হোংবা; পরিণামঃ—অহোংবা ফীভম; স্বভাবতঃ—স্বভাবগী (মহৌশানা); কর্ম্মণঃ—কর্ম্মশিংগী; জন্ম মপোক; মহতঃ মহৎ-তত্ত্বগী; পুরুষ-অধিষ্ঠিতাৎ—ভগবান্না পুকব ওইরকপা মরম্না, অভূৎ—ওইখিবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্বা পুরুষ (কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণু) ওইনা অবতার তৌরবা মতুঙদা মহৎ-তত্ত্ব হায়বদি প্রাকৃত স্বষ্টিসি ওইরকয়ি; অতুদগী কাল (মতম) হায়বসি ওই, অতুদগী মতমগী মতুঙ ইন্না গুণ অহুম থোরকয়ি। স্বভাব হায়বসি গুণ অহুম থোরকপবু হায়বনি। মখোয়না কর্ম্ম ময়াম ওইরকয়ি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্গী সর্ব্বশক্তিমত্তানা মরম ওইতুনা প্রাকৃত স্বষ্টি পুম্বসি মথং মথং শকঅন্দুনা ওইরকপা ফল ঙাক্লি। হায়রিবা সর্ব্বশক্তিমত্তানা মরম ওইতুনা স্বষ্টি পুম্বসি থোমজন্দুনা ভগবান্গী হকচাঙনুঙদা থম্মী। কাল হায়বদি মতম হায়বসি স্বভাবকী পর্য্যায়নি অতুগা প্রাকৃত স্বষ্টিগী ওক্লকপা

শকওংনি। মরমসিনা কাল অসিবু সৃষ্টিগী অহানবা কারণ (খোরকফম) অদুনি হায়না লৌবা য়াই, অদুগা স্বভাবকী শকহোং মতুং ইন্না প্রাকৃত জগৎকী থবক মখল মথাবু উবা ফংনরিবনি। কর্ম্মশিংসে জীব খুদিংগী স্বভাবকী ওইবা ইহুন্নি, অদুদা নত্তনা লেঙ-খোংপা ঙমদবা পোত্তাশিংগী ইহুন্নি। কর্ম্মশিং উৎলক্লবা মতুঙদা স্বভাব অদুমক্কী পোখোক অমসুং পোখোক্কী মশামক্লেং পুম্নমক ওইরিবনি। মসি পুম্নমক্কী মরুদা মরুদি পরমেশ্বর ভগবান্নি। বেদান্ত সূত্র অমসুং ভাগবতম্না পরতত্ত্ববু সৃষ্টি পুম্নগী হৌরক-ফম্নি হায়না মকোক্তা পল্লিবনি (জন্মাদি অস্য যতঃ)।

শ্লোক ২৩

**মহতস্তু বিকুর্ব্বাণাদ্রজঃ সত্ত্বোপবৃংহিতাৎ।**
**তমঃ প্রধানস্ত্বভবদ্ দ্রব্যজ্ঞানক্রিয়াত্মকঃ ॥২৩॥**

মহতঃ – মহৎ-তত্ত্বগী, তু—অদুবু, বিকুর্ব্বাণাৎ—শকওন্নকপদগী; রজঃ—রজ গুণ; সত্ত্ব—সত্ত্ব গুণ; উপবৃংহিতাৎ –হেন্গৎলকপনা; তমঃ- তম গুণ; প্রধানঃ—থোইরকপা; তু—অদুবু; অভবৎ -ওইরকয়ি; দ্রব্য– পোৎ, জ্ঞান—খঙবা; ক্রিয়া-আত্মকঃ—থোইদোক্লা প্রাকৃত কর্ম্মশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহৎ-তত্ত্বগী সামা (চাং মান্নবা ফীভম) কাযরকপদগী হাযবদি শকওন্নকপদগী প্রাকৃত কর্ম্মশিং ওইখি-বনি। অহানবদা সত্ত্ব অমসুং রজগী বিকার লাকযি, অদুদগী মতুঙদা তম গুণা হেন্গৎলকপদগী দ্রব্য, দ্রব্যবু খঙবা অদুগা দ্রব্যজ্ঞানগী মখলমথা ওইবা থবক মযামতু ওইখৎলকয়ি।

নৈনরোল

মখল খুদিংগী প্রাকৃত সৃষ্টি পুম্নমক রজঃ গুণা হেন্গৎলকপদগী অয়াম্বা ওইবনি। মহৎ-তত্ত্বসি প্রাকৃত সৃষ্টিগী থোওংনি, ভগবানগী ইচ্ছানা মবম ওইদুনা মহৎ-তত্ত্বগী ফীভম অহানবদা কায়হল্লবা মতমদা রজঃ অমসুং সত্ত্ব গুণ অনীসিনা মরু ওইনা উৎলী, অদুদগী রজঃ গুণসে মখল-মথাগী প্রাকৃত ক্রিয়ানা পোক-চল্লকপা মরম্না মরু ওইনা উৎলকযি। মতৌ অসুম্না জীবশিংনা তমঃ-দা (অমম্বদা) চংশল্লী। ব্রহ্মাদি রজঃ গুণগী মহুৎনি। অদুগা বিষ্ণুনা সত্ত্বগুণগী মহুৎনি অদুগা প্রাকৃত ক্রিয়াশিংগী মপা শিব মহাদেবনা তমঃ গুণগী মহুৎনি। জড প্রকৃতিবু মমা কৌয়ি অদুগা প্রাকৃত জীবন হৌবা অদুবুনা শিব-না মপানি। জীবশিংনা তৌবা প্রাকৃত সৃষ্টি পুম্নমক রজঃ গুণনা হৌদোকপা ঙাক্লি। কলিযুগসা যুগ অমদা আযু হেন্গৎ-লকপগা লোয়ননা তোঙান্-তোঙানবা গুণশিংনা হেন্গৎ হেন্গৎলক্তুনা থবক তৌয়ি। (রজঃ গুণা প্রধান ওইবা) কলি যুগসিদা মীওইবগী সভ্যতা চাওখৎপগী নামাদা মখল মথাগী প্রাকৃত ক্রিয়া (থবক) তৌযি, অদুগা জীবশিংনা মখোয়গী অশেঙবা স্বরূপ—দিব্য স্বরূপ—অদু অসুম অসুম কাউশল্লকয়ি। সত্ত্বগুণদু চাইকেৎ লৈনবা তোংনবদা দিব্য স্বরূপ অদু খঙনি অদুবু রজঃ গুণা হেন্গৎপা মবম্না সত্ত্বগুণ শেংবা ঙমদে। মবমদুনা কনামতনা গুণশিংগী রাংমদা কল্লোকপা ঙমদে, মরমদুনা নানা সাধনগী মতেঙনা সত্ত্বগুণদা লৈর-কসু জীবশিংনা গুণশিংগী রাংমদা লৈবা ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা য়ায়। অমরোমদা হায়বা তারগনা দ্রব্যশিংসিনা অধিভূতম্-নি, মখোয়বু ঙাকশেনবনা অধিদৈবম্-নি প্রাকৃত ক্রিয়া তৌবশিংনা অধ্যাত্মম্-নি। প্রাকৃত জগত্তা গুণ অহুমসিনা মরুওইবা শক্তম ওইনা থবক তৌয়ি, ককঙাওনরিবা জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংনা ভাগ তৌনবগীদমক্তা গুণশিংনা কাঁচা মাল (পোৎ মচন্), চাং নাইনা হুনবা অদুগা প্রাকৃত সৃষ্টি মখল মখলদা কাঁচা মালসিবু শীজন্নবা হায়বা থবক তৌয়ি।

শ্লোক ২৪

**সোহঙ্কার ইতি প্রোক্তো বিকুর্ব্বন্ সমভূত্রিধা ।**
**বৈকারিকস্তৈজসশ্চ তামসশ্চেতি যদ্ভিদা ।**
**দ্রব্যশক্তিঃ ক্রিয়াশক্তির্জ্ঞানশক্তিরিতি প্রভো ॥২৪॥**

সঃ—মহাকমরা; অহঙ্কারঃ—অহঙ্কার (ঐ ঐ হায়বা); ইতি—অসুম্না; প্রোক্তঃ—হায়; বিকুর্ব্বন্—শক্ ওল্লবনা, সমভূৎ—থোরকয়ি, ওইরকয়ি, ত্রিধা—মথং অহুম থোক্লা; বৈকারিকঃ—সত্ত্বগুণ-দা; তৈজসঃ—রজঃ গুণ-দা; চ—অমসুং; তামসঃ—তমঃ গুণ-দা, চ—অমসুং, ইতি—অসুম্না, যৎ—মহাক্ ভিদা—খায়দোক্লবা; দ্রব্যশক্তিঃ—পোৎ ওইখৎলক্লবা শক্তি; ক্রিয়াশক্তিঃ—থবক তৌবগী শক্তি; জ্ঞানশক্তিঃ—জ্ঞানগী শক্তি; ইতি—অসুম্না, প্রভো—হে প্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকপু 'অহঙ্কার' হায়না কৌনৈ; তত্ত্ব অসিগী বিকার (শকওনবা) লাকপা মতমদা বৈকারিক, তৈজস অমসুং তামস হায়বদি সাত্ত্বিক অহঙ্কার, রাজস অহঙ্কার অমসুং তামস অহঙ্কার হায়না মখল অহুম থোক্লা থোরকই। তামস-অহঙ্কারতত্ত্বগী শক্তিনা পোৎকী মশক-ওইবা আকাশনচিংবা মহাভূত-শিংদা, রাজস-অহঙ্কারতত্ত্বগী শক্তিনা ইন্দ্রিয়শিংগী মথক্তা অদুগা সাত্ত্বিক-অহঙ্কারতত্ত্বগী শক্তিনা ইন্দ্রিয়গী অধিষ্ঠাত্রী-দেবতাগী মথক্তা থবক তৌই।

নৈনরোল

অহঙ্কার তত্ত্ব হায়বদি জড়গা অমতনি হায়না লৌবসিনা ভগবান লৈ হায়বা তশেংনা খঙদবা মরম্না মচাতগী বাখল্লনা লুপ্পী। সংসারী জীবশিংগী মচাতগী খনবা অহঙ্কারসিনা বিষয়-সম্পত্তিনচিংবা পোং ওইনা জীবশিংবু শুমহৎনবগী অমসুং অসুম শুমহৎতুনা লৈথনবগী মরম ওই। ভগবদ্গীতাগী তরেৎশুবা অধ্যায়গী শ্লোক ১৪-২৭-তা মশা মথন্তগী খনবা অহঙ্কারগী মবমদা ফজনা তাক্লী। মশাগী বাখল্লনা পুরবা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্গী পবং ভাবকী মরম শেংনা খঙদবদগী মখোয়না থোকপা মওং দা হায়রি মহাকদি পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী হাক্লগী নিরাকার দিব্য রূপ অদুদা লৈরম্বদগী প্রাকৃত দেহ লৌই হায়বসিনি। নির্ব্বিশেষবাদীশিং অসিনা ব্রহ্মসূত্রনচিংবা বৈদিক সাহিত্যশিংবু কল্লা থরাই যাওশল্লা নৈনরবস্ত পরমেশ্বর ভগবান্গী মবমদা মখোয়গী শেক্লাল্লবা রাখলসি অদুম চংথৈ। ভগবানগী সবিশেষ ওইবা ভাব অসিবু খঙদবগী মরমদি গুণ তোঙান-তোঙানবশিংনা তিম্নবগী মরম খঙদবনি। মতৌ অসুমনা নির্ব্বিশেষবাদীনা ভগবান্গী সচ্চিদানন্দময় অমসুং নিত্য ওইবা দিব্য দেহ লৈ হায়বসি বাখল্লা লাম্বা ঙমদে। মসিগী মবনদি ভগবান্না ভক্ত নত্তবশিংগী মমমদা মশাবু ফোংদোক্তবগী অধিকারছু চেৎনা থম্মী, অভক্ত ওইবা মীদি ভগবদ্গীতানচিংবা লাইরীক মপূঙ ফানা পাহুনসু মঙক কনবা মরম্না অদুম নির্ব্বিশেষবাদী ওইদুনা লৈ। মখোয়না মঙক কল্লিবসি যোগমায়ানা তৌহল্লিবনি, ভগবান্মক্কী শক্তি ওইরিবী যোগমায়াসি লমহেনবা নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী মমীৎ কূপশন্দুনা ভগবানগী সেবা তৌই। অসিগুম্বা ককওাংনরবা মীতাবু 'মূঢ়' হায়বদি মপং যংনা পঙলবা কৌই মরমদি ভগবান্দি অজ (পোক্তবা) অমসুং অব্যয় (হোংবা নাইদবা) ওইদে অমসুং দিব্য মূর্ত্তি অমা ভগবান্গী লৈ হায়বসি মহাক্লা খঙদে। ভগবান্সে হাম্না শক্লাইরমদবগী শক্লৌরকপনি হায়রবোইদি মহাক পোকপা নাইরে অদুগা হোংবা নাইরে হায়বা তাই। তৌইগুম্বসুং মহাক্তি অব্যয়নি হায়বদি হোংবা নাইদবনি। অদুগা মহাক্তি মায়াবদ্ধ জীবদোনা নৌনা পোকপা হায়বছু তৌদে। মায়াবদ্ধ জীবনা মপোক খুদিংদা মায়া লাংদা থুবা মরম্না আকার (শক-ওং) অমা লৌই, অদুবু নির্ব্বিশেষবাদীনা বেদান্ত নৈন-নৈননা অহঙ্কারনা থুমহৎপা মরম্না ভগবানবু মখোযগুম্বা অমনি হায়না লৌই। ভগবান্দি জীব খুদিংগী

থম্মোই-মুংদা লৈবা মরম্না ভূৎ-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমান্ মতম পুম্বদা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা কদোমদা পুক্নীং চঙবগে হায়বহ্নূ ভগবান্না য়াম্না মুম্না খঙভী, অদুবু ককঙাওনবা মায়াবদ্ধ জীবনা ভগবান্বু মাগী নিত্য ওইবা মূর্ত্তিদা উদুনা খঙবা লৈতে। নির্ব্বিশেষবাদীনা ব্রহ্মগা পরমাত্মাগা ওইনা ভগবান্বু খঙলবস্থ মায়িক সৃষ্টিগী ৱাংমদা মতম পুম্বদা লৈরিবা ভগবান্গী নারায়ণ মূর্ত্তিবু খঙদে।

অসুম্না খঙদবগী মরমদি সংসারীশিংনা সংসার বিষয় সম্পতি ফংনবগী দাবী তানবদা মতম পুম্বা লেন্দুনা লৈবননি। পরমেশ্বর ভগবানবু উপলব্ধি তৌগে হায়রবদি ভগবান্গী সেবা তৌদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু শুদ্ধ ওইহল্লবদা ওইগদবনি। সাত্ত্বিক গুণ হায়বদি বৈদিক সাহিত্যশিংনা তাক্লিবা ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিনা ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবদা মতেঙ ওইগনি, মতৌ অসুম্না মায়াবদ্ধ জীবগী জ্ঞানশক্তি হায়বা মতাঙনা দ্রব্যশক্তি অমসুং ক্রিয়াশক্তি কৌবা মতাঙ অনীসিদগী হেন্না ফৈ। প্রাকৃত সভ্যতাদি পোৎ ময়াম্না পৈশনবনা উৎপনি হায়বদি ৱাহৈ অতোপ্পদা হায়বা তারপনা পোৎ পুথোক্লবগী কার্চা মাল (পোৎচঙ মচন) হায়বসিনা উৎপা সভ্যতানি; পোৎ পুথোকপগী থবকশিংসে (ক্রিয়া শক্তিসে) আধ্যাত্মিক জীবন করিনো খঙদৱননি। দ্রব্যশক্তি অমসুং ক্রিয়াশক্তিগী নীতি মতুং ইন্না ওইরিবা প্রাকৃত সভ্যতাদগী থোরকপা চয়েংনবা মতৌসি চুমথোক্কে হায়রবদি ভগবদ্গীতাদা তাক্লিবা কর্ম্মযোগগী থবক মতৌসি (৯।২৭) লৌদুনা ভগবান্গী সেবা তৌবা তাই। গীতানা হায়রিবদিঃ--

**যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।**
**যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ মদর্পণম্॥**

"হে কুন্তীনা পোকপা অর্জ্জুন, নঙনা তৌবা পুম্বা, নঙনা চাবা পুম্নমক, নঙনা কৎপা পুম্বা, নঙনা দান তৌবা পুম্বা, নঙনা তৌবা তপস্যা পুম্বা ঐঙোন্দা কৎপনি হায়না তৌগদবনি।"

শ্লোক ২৫

**তামসাদপি ভূতাদের্বিকুর্ব্বাণাদভূন্নভঃ।**
**তস্য মাত্রা গুণঃ শব্দো লিঙ্গং যদ্দ্রষ্টৃদৃশয়োঃ॥২৫॥**

তামসাৎ– তামস অহঙ্কারদগী; অপি—লেপ্পমক; ভূতাদেঃ– পঞ্চভূতশিংগী; বিকুর্ব্বাণাৎ শক-ওল্লকপদগী; অভূৎ—ওইরকয়ি; নভঃ—অতিয়া (আকাশ); তস্য– মাগী; মাত্রা– অকুপ্পা মওং (সূক্ষ্ম-রূপ); গুণঃ—গুণ; শব্দঃ—খোন; লিঙ্গম্—মতৌ মরাং; যৎ—মগী, দ্রষ্টৃ—অউবা মহাক; দৃশয়ঃ– উরিবা পোৎকী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তামস অহঙ্কারদগী পঞ্চভূতকী অহানবা ভূত আকাশ (অতিয়া) কৌবদো থোনকয়ি। আকাশগী অকুপ্পা শক্তমদি (সূক্ষ্ম মাত্রাগুণদি) শব্দনি (খোন্নি) মহ্নদি অউবা মীগা মানা উবা পোৎকা লৈনবা সম্বন্ধকুম্বনি (মরীকুম্বনি)।

নৈনরোল

ব্যোম (অতিয়া), মরুৎ (নুংশীৎ), তেজ (মৈ), অব্ (ঈশিং), ক্ষিতি (লৈপাক) হায়বা ভূত মঙাসি তামস অহঙ্কারগী তোঙান তোঙানবা গুণ ঙাক্নি। মসিগী অর্থদি মহৎতত্ত্বগী সমষ্টি রূপ ওইনা তামস অহঙ্কারহ্নূ ভগবান্গী তটস্থা শক্তিদগী পোকপনি অদুগা তামস অহঙ্কারসিনা প্রাকৃত সৃষ্টিগী মপু ওইবদগী জীবনা শেরাম্না ভোগ তৌনবগীদমক পোৎ মচন ময়াম পোকই। প্রাকৃত ভূতশিংবু হোইদুনা ভোগ তৌরিবদি (ভোক্তাদি) জীবনা ওইরিবনি তৌবগীবুদি মরুদদি ভগবান্না ওইরবস্থ। তশেংনা হায়রগদি ভগবান্ নত্তন' কনামতবু ভোক্তা কৌবা য়াদে, অদুবু জীবনা শেরাম্না ভোক্তা

ওইজনিঙউী। অসুম্না তামস অহঙ্কার থোরকপমি। ককঙাওনবা জীবনা ভোক্তা ওইনীংবা মতমদা ভগবান্গী ইচ্ছাদগী ম্রি-গুন্বা ভূতশিংবু পুথোরকই অদুগা জীবশিংনা মখোয়দু পামদুনা ছয়ামূর্ত্তি মতমগা অওইবা মূর্ত্তিশিংগী পরেং পরেং থোরকপদা তান্নবগুম ভূতশিংদু তান্নে।

অহান্বদা 'তন্মাত্রা' শব্দ শেন্মী অদুদগী ব্যোম (অতিয়া) শেন্মী হায়নৈ; রাফমসি নৈনরিবা শ্লোক-সিনসু মদুমক অশেঙবনি হায়রি; অদুবু শব্দদি (খোন্দি) ব্যোমগী সূক্ষ্ম রূপনি (অকুপ্পা শক্তমনি); মখোয়গী থেম্নবা হায়ববু দ্রষ্টাগা (উরিবা মীগা) মানা উরিবা পোৎকা (দৃশ্যগা) থেন্নবগুম্বনি। শব্দদি অশেঙবা পোৎতুমক্কী প্রতিনিধিনি, মরমদি পোৎতুমক্কী মরমদা ঙাঙবা ওইনা থোক্লক্লিবা শব্দদুনা (খোন্দুনা) পোৎতু কবম্বা পোৎনো হায়বা ভাব অমা খঙহল্লী। মরমদুনা শব্দনা পোৎতুগী সূক্ষ্ম রূপ ওইরিবনি। ভগবানগী খুদম্নবা শব্দদি ভগবান্গী চরিত তাকপনিনা ভগবান্গী পূর্ণ রূপনি, মদুদি কৃষ্ণগী মপাবুং বসুদেবনা অমসুং রামগী মপাবুং দশরথ মহারাজনা উথিবগুম্বনি। ভগবান্গী খুদম্নবা শব্দদি ভগবান্ মস্তামক্কা করিমতা থেন্নদে মরমদি ভগবান্গা মাগী মহুৎ ওইবা শব্দগা অনীমক অদ্বয় জ্ঞান হায়বদুনি। ভগবান্ চৈতন্য প্রভুনা হায়রম্বা মা লৈ মদুদি ভগবানগী মহুৎ ওইবা নাম অদুদা ভগবান্গী শক্তি পুম্নমক হাপচল্লবনি। মরমসিনা ভগবান্গী পবিত্র নামগী মহুৎ পবিত্র শব্দদুনা ভগবান্গা সঙ্গ খুদক্কা অনুভব তৌয়ি। অদুগা ভগবানগী শক্তমদু খুদক্কা ভক্তগী মাঙদা উৎলি। মবমসিনা শুদ্ধ ভক্তদি ভগবান্গা মীৎকুপ অমফাওবা থানবা লৈতে। মরমদুনা ভগবান্গা মতম পুম্নমক্কা সঙ্গ তৌনীংবা ভক্তনা শাস্ত্রনা তাক্লিবা হরে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হবে রাম হরে রাম রাম বাম হরে হবে—ভগবান্গী পবিত্র নাম অসি অতৎ অথম লৈতনা কীর্ত্তন তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না ভগবান্গা সঙ্গ তৌবা ঙম্বা মীদুদি তামস অহঙ্কাবদগী পোকপা সংসারগী অন্ধকারদগী লাম্থোকপা ঙমগনি (তমসি মা জ্যোতির্গময়)।

শ্লোক ২৬-২৯

**নভসোঽথ বিকূর্ব্বাণাদভূৎ স্পর্শগুণোঽনিলঃ।**
**পরান্বয়াচ্ছব্দবাংশ্চ প্রাণওজঃ সহো বলম্ ॥২৬॥**
**বায়োরপি বিকুর্ব্বাণাৎ কালকর্ম্মস্বভাবতঃ।**
**উদপদ্যত তেজো বৈ রূপবৎ স্পর্শশব্দবৎ ॥২৭॥**
**তেজসস্তু বিকুর্ব্বাণাৎ আসীদাম্ভো রসাত্মকম্।**
**রূপবৎ স্পর্শবচ্চাম্ভো ঘোষবচ্চ পরান্বয়াৎ ॥২৮॥**
**বিশেষস্তু বিকুর্ব্বাণাদম্ভসো গন্ধবানভূৎ।**
**পরান্বয়াদ্ রসস্পর্শশব্দরূপগুণান্বিতঃ ॥২৯॥**

নভসঃ—অতিয়াগী (আকাশগী); অথ—অসুম্না; বিকুর্ব্বাণাৎ—শকওন্বনা; অভূৎ—ওইখি, স্পর্শ—(হুকচাঙদা থেংনদুনা) শোকপা; গুণঃ—গুণ, অনিলঃ—নুংশীৎ; পর মমাঙগী; অন্বয়াৎ—লোয়নবা মরম্না; শব্দবান—শব্দ চেন্বা (খোন্ থোকপা); চ—সু; প্রাণ—থবাই; ওজঃ—ইন্দ্রিয়না খঙবা, সহঃ—মহাও; বলম্—পাঙ্গল, বায়োঃ—নুংশীৎকী; অপি—সু; বিকুর্ব্বাণাৎ—শকওনবনা; কাল—মতম; কর্ম্ম—হৌথিবা কর্ম্মগী ফল; স্বভাবতঃ—স্বভাবনা; উদপদ্যত—পোকখি; তেজঃ—মৈ; বৈ—চপচানা, রূপবৎ—শক্লা লোয়নবা; স্পর্শ—শোকপা; শব্দবৎ—খোন্গা লোয়নবা; তেজসঃ—মৈগী; তু—অদুবু; বিকুর্ব্বাণাৎ—শকওন্বনা; আসীৎ—অদুম্না থোকখি; অম্ভঃ—ঈশীং; রস-আত্মকম্—মহীনা শাবা; রূপবৎ—শক্লা লোয়নবা; স্পর্শবৎ—শোকপগা লোয়নবা; চ—অমসুং; অম্ভঃ—ঈশীং; ঘোষবৎ—খোনগা লোয়নবা; চ—অমসুং; পর—মমাঙ থংবা; অন্বয়াৎ—তুংতারকপনা; বিশেষঃ—শক্লাইবা; তু—অদুবু; বিকুর্ব্বাণাৎ—শকওন্বা; অম্ভসঃ—ঈশীংগী; গন্ধবান্—মনম চেন্বা; অভূৎ—ওইরকখি; পর—হান্নগী; অন্বয়াৎ—মথং মথং ওইবা; রসঃ—মহী; স্পর্শ—শোকপা; শব্দ—খোন্; রূপ-গুণ-অন্বিতঃ—শক্লা গুণগা লোয়নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা আকাশনা শকওন্নকুনা স্পর্শ (হকচাঙদা শোকপা) হায়বা গুণ অদুগা লোয়নবা মুংশীং ওইথি অমসুং থোরকযম ওইনা মহুদা আকাশগা মরী লৈনবনা মুংশীংতসু শব্দ গুণ অদু য়াওরি। মুংশীংনা হকচাঙ লৌবগী, ইন্দ্রিয়-মন অমসুং হকচাঙগী হৈশিংবা থোকহল্লবগী মরম্নি। কাল-নে, কর্মনে অদুগা স্বভাবনা মুংশীংনা শকওন্নকপদা মৈ থোরকয়ি; মৈগী গুণদি শক্তি (রূপনি)। অত্রিয়াগ্না মুংশীংকন্না মৈগী থোরকফম ওইবনিনা শক্তা (রূপকা) লোয়ননা শব্দ-স্পর্শ গুণ অনীসি মৈদা য়াওরি। মৈনা শক্ত ওন্নক্রবদা রস যাওবা ঈশীং থোরকয়ি, ঈশীংদা অতিয়া, মুংশীং অমসুং মৈনা থোরকফম ওইবা মরম্না মথোয়গী ধর্ম্ম শব্দ, স্পর্শ অমসুং রূপসু মহী লাওবা ঈশীংদা যাওরি। ঈশীংনা শকওন্নকপদগী পৃথিবী (লৈপাক) ওইরকপনি। পৃথিবীগী (লৈপাক্কী) গুণদি মনম্নি। পৃথিবীসিদা (লৈপাক্সিদসু) আকাশ, মুশীংং, মৈ, ঈশীংগা থোবকফম ওইনা মরী নৈনবা মরম্না মথোয় ময়ামগী গুণ শব্দ, স্পর্শ, রূপ অমসুং রস হাযবসি যাওরি।

নৈনবোল

সৃষ্টিগী থবকসি ভূত অমদগী অমা ওনথৎলক্লগা পৃথিবী হায়বা ভূত অদু ওইরকপদা মথেল ময়াম হায়বদি উ-বা, নাপী শাঁওবী, চীঙ-মাল, তুরেন, পূক্লা-শীংপা জীব, উচেক-রায়া, শা-ঙা অমদি মীওইবন-চিংবা ময়ামসি ওইথৎলকপা অদুনি। ইন্দ্রিয়না খঙবা হায়বস্সিসু মথং মথং ওইরকপনি, হায়বদি খোন্দগী (শব্দদগী) স্পর্শ (শোকপা) অদুগা স্পর্শদগী রূপ (শক্তম্) ওইরকপনি। মহাও (রস) অমসুং মনম (গন্ধ) আকাশ, মুংশীং, মৈ, ঈশীং অমসুং পৃথিবী হায়দুনা মথং মথং ওইথৎলকপগা লোয়ননা ওইথ্রিবনি। মখোয পূম্নসি অমনা অমগী থোরকফম (কারণ) অদুগা থোরকপা পোং (ফল) মহৈ মহৈ ওইবনি, অদুবু আদি কাবণদি মহাবিষ্ণু হায়বা ভগবান্গী অংশ—মহৎতত্ত্বগী কারণার্ণবশাযী ভগবান্ মদ্দামক্নি। মতৌ অসুম ওইবা মবম্না ভগবান্ কৃষ্ণবু ব্রহ্মসংহিতাদা থোরকযম পূম্নমক্কী থোরকফম্ (সর্ব্বকারণকারণম্) অদুনি হাযরিবনি, বাফমসি ভগবদ্গীতানসু মথাসিগুম্না হাযবি (১০।৮):—

**অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে।**
**ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধা ভাবসমন্বিতাঃ ॥**

ইন্দ্রিযনা খভনবা গুণ পূম্নমক শুনা পৃথিবীদা (লৈপাক্তা) য়াওয়ি। গুণশিংসে অতৈ ভূতশিংদা চাং হস্থনা উংলি। আকাশদা শব্দমক লৈ অদুগা মুংশীংতা শব্দগা স্পর্শগা অনী লৈ। মৈদা শব্দ, স্পর্শ, রূপ অহুম যাওয়ি, অদুগা ঈশীংদা অতৈ গুণশিংগা হায়বদি শব্দ, স্পর্শ অমদি রূপকা লোযননা রস (মহাও) য়াওযি। অদুগা পৃথিবীদদি মথক্তা পল্লিবা গুণশিংসিগা লোয়ননা গন্ধ (মনম) হায়বা থোই-দোকপা গুণ অমগা য়াওয়ি। মরমসিনা পৃথিবীদা থবাই মথল মথাগী মপূঙ ফাবা শকউং অমা য়াওয়ি, থবাই হায়বস্সি মুংশীং ভূতসিগা লোয়ননা অহান্বা হৌবনি। হকচাঙগী অনা-য়েক পূম্নমক জীবশিংগী লৈথোম্না শাবা হকচাঙদা মুংশীংকী ফীভম ওন্নকপদগী ওইরিবনি। পূক্লীংগী লাইনাশিংসু হকচাঙগী মুংশীং মওং অমা ওনবদগী থোকপা ভাগ্নি, মসুম তৌবা মরম্না হকচাঙগী লায়না পুঙকোক কোক্রবা যোগাসন প্রাণায়াম সাধন তৌদুনা মুংশীংকী ফীভম কায়দনবা তৌগদবনি। যোগাসনদু চপচানা অভ্যাস তৌরবদি আয়ুস্ন (পুন্সিসু) হেন্সংলী, অদুদগী হেন্দোকুনা অসিগুম্বা যোগাসন শান্নবনা শিববুসু (মৃত্যুবুসু) নিয়ন্ত্রণ তৌবা য়াহ। সিদ্ধ যোগীদি মৃত্যুবু খুদুম চন্বা ঙম্মী, অদুনা মহাক্না খুং-চাবা লোক অমদা চৎনীংবা মতমদা পূঙফম অচুম্বা অমদা হকচাঙ থাদোক্লগা চৎপা ঙম্মী। ভক্তিযোগীনা যোগী পূম্ন-মক্তগী পূঙহেল হেল্লী; মবমদি মাগী ভক্তিগী মপাম্না প্রাকৃত আকাশগী বাংমদা লৈবা মফমদুদা মাবু কাইঙ্গী অমসুং সর্ব্বনিয়ন্তা ভগবান্না মাগী ইচ্ছাদগী ভক্তদুবু পরব্যোমগী লোক অমদা থম্বী।

শ্লোক ৩০

**বৈকারিকান্মনো জজ্ঞে দেবা বৈকারিকা দশ।**
**দিগ্বাতার্কপ্রচেতোঽশ্বিবহ্নীন্দ্রোপেন্দ্রমিত্রকাঃ ॥৩০॥**

বৈকারিকাৎ—সাত্ত্বিক গুণদগী; মনঃ—পূক্নীং; জজ্ঞে—পোকয়ি; দেবাঃ—দেবশিং; বৈকারিকাঃ—সাত্ত্বিক গুণদা; দশ—তরা; দিক্—মায়কৈ লাকপা লাই; বাত—নুংশীৎ লাকপা লাই; অর্ক—নুমীৎ (সূর্য্য); প্রচেতঃ—বরুণ; অশ্বি—অশ্বিনীকুমার অনী; বহ্নি—মৈ কৌবা লাই; ইন্দ্র—সোরারেন, স্বর্গগী নিংথৌ; উপেন্দ্র—ইন্দ্রগী মথা-থাবা লাই; মিত্র—অদিত্য তবানীথোইগী মনুংদা অমা; কাঃ—প্রজাপতি ব্রহ্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাত্ত্বিক অহঙ্কারদগী মন (পূক্নীং) পোক্য়ি। দেবতা তরাসু সাত্ত্বিক অহঙ্কারদগী থোরকপনি, নাকোঙ, উন্সা, মীৎ, লৈয়েং অমসুং নাতোন পোৎশক খঙনবা (জ্ঞানগী) ইন্দ্রিয় মঙাগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা মথংশীংনা মায়কৈ, নুংশীৎ, নুমীৎ, বরুণ (প্রচেতা) অমসুং অশ্বিনীকুমার অনী হায়বা দেবতা মঙাসিমা, অমসুং ৱা (বাক্), খুৎ, খোঙ, অম্যাংথোঙ অমসুং ঈশীংথোঙ হায়বা থবক তৌনবা (কর্ম্মগী) ইন্দ্রিয় মঙাসিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা মঙা মথং শীংনা অগ্নি, ইন্দ্র, উপেন্দ্র, মিত্র অমসুং প্রজাপতি হায়বা দেবতা মঙাসিগা লোয়নমক্না দেবতা তরা থোৱকয়ি।

নৈনরোল

'বৈকারিকা' হায়বসি সৃষ্টিগী সাত্ত্বিক অহঙ্কাবনি, তেজস হায়বসিনা সৃষ্টি হৌবনি অদুগা তমস হায়বসিনা তমঃগুণগী মথাদা প্রাকৃত সৃষ্টিগী মপুঙ-ফাবা শকউৎনি। পুন্সিগী চঙদবা যাদবা পোৎ কারখানা (পোৎশাশঙ) শিংদা শাদুনা পুথোকপসি হায়বদি কলিযুগসিদা (মেসিনগী যুগসিদা) কা হেন্না তৌরিবা থবকসি তামস যুগগী খমথেংলবা থাক্নি। অসুম্না পোৎচৈ শাদুনা মীওইবা সমাজনা পুথোক্লিবসি তমোগুণ চেন্বগী থবক্নি মরমদি শা খোৎতুনা পুথোরক্লিবা লল্লোন্পোৎশিংসি তশেংবদি চঙদবা য়াদবা ঙাক নত্তে। মীওইবগী সমাজগী চঙদবা যাদবা পোত্তি হিংননবা চীনজাক অদুগা তুম্ফম যুম, ঙাকথোক্নবা ভাকশেল-পাইসা অদুগা ইন্দ্রিযশিংগী পেন্নবা পোৎ অসিদনি। ইন্দ্রিযশিংসে হিংবগী তশেংবা খুদাম্ন হায়বসি মথওগী শ্রোকসিদা তাক্লি। মীওইবগী সভ্যতা (লৈবাকমচাতাবা) হায়বসি ইন্দ্রিযশিংবু মোৎলম্বদগী শেংদোকপনি। ইন্দ্রিয় পেন্নবা পোৎতাশিংদি চঙদবা য়াদ্রবা শক্তক অদুতমক পীগদবনি, ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইনবা হায়দুনা কান্নবদি নত্তবা পোৎতাশিংদু হেনগৎনবা নত্তে। চীঙ্জাক, যুম, ঙাক-শেনবা অমসুং ইন্দ্রিয় পেন্নহনবা হায়বা অসিখক্তনি সংসারদা হিংবগীদমক চঙভী। নত্রগদি মী অমনা অশেঙবা মোত্তবা শাহৌ-পুন্সি লেনগে হায়রবদি মথক্তা পন্নিবশিংসি জীংগীদি চঙদে। অদুনা চঙদবা যাদবগুম চঙহন্নিবা পোৎ-চৈশিংসে অয়াম্বনা ঐখোয়না শেম্বা খুৎশেম ভাক্লি, পুন্সিগী অশেঙবা ফীভমগী-দমক্তি অসি চঙদবা-য়াদবা পোৎশিংসি চঙদে। জড়বাদী সভ্যতাগী চৎনবী থাক ওইবগী হৌনবা খুৎশেমগী পোৎচঙ হেক্কৎহন্বা নত্রগা মীওইবা সমাজগী আর্থিক উন্নতি চাওখৎপা ওইবা হেক্কৎহন্বদি জ্ঞান-য়াওদবা অমম্বদা চঙবা মতা অমনি। অসুম্না চঙবনা মীওইবগী শক্তিবু অরেম্বদা মাঙহল্লী, মবমদি মীওইবগী শক্তিদি মরু ওইনা ইন্দ্রিয়শিংবু মোৎপদগী শেংদোকুনা থম্নবগীদমক্তি মরমদি মদুনা মীওইবনা ভগবান্গী ইন্দ্রিয়-শিংবু পেন্ননবা থবক্তা মায়ওনসন্বা ঙমগনি। পরমেশ্বর ভগবান্গী চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংগী মপু মকোক্ ওইবনিনা ইন্দ্রিয়শিংগী মপু 'হৃষিকেশ' হায়বদুনি। 'হৃষিক' হায়বগী অর্থদি 'ইন্দ্রিয়' হায়বনি অদুগা 'ঈশ' হায়বনা 'মপু' হায়বনি। ভগবানদি ইন্দ্রিয়গী মনাই নত্তে, বাহৈ অমরোমদা হায়রগা ইন্দ্রিয়শিংনা ভগবানবু হোইদুনা পুবা ঙমদে, অদুগা মায়াবদ্ধ জীবাত্মাশিং হায়বদি জীব খুদিংমক ইন্দ্রিয়শিংগী

মনাইনি। জীবশিংবু মখোয় মখোয়গী ইন্দ্রিযশিংনা হোইদুনা কোয়পু পুই, মরম্মদুনা জড়বাদীশিংগী সভ্যতাদি ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগীদমক্তা তৌবা মখল অমনি। মীওইবা সভ্যতাগী থাক হায়বদুদি ইন্দ্রিয় পেলহন্‌বা হায়বা রোগ অসি ফনবা য়েংবা হায়বসিনি; অদুগা রোগ অসি লাইয়েংবা কনাগুম্বনা ওমগে হায়ববদি মহাক্না ভগবান্‌গী চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা মনাই অমা ওইবতনা ওমগনি। ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয় মখোয়না তৌগদবা থবক তৌহন্দবা নত্তে, ইন্দ্রিয়গী মপু ভগবান্‌গী ইন্দ্রিয় পেন্ননবগীদমক্তা তৌবা পবিত্র সেবাদা মীওইবগী ইন্দ্রিয়শিংবু শীজিন্নদুনা পবিত্র ওইহনগদবনি। মসিনি ভগবদগীতামা হৌবদগী লোযবকাওবদা তাক্লিবা পাওতাক্তি। অর্জুন অদুনা অহানবদা মাগী মরীমতা অমদি মরূপ মপাওশিংগা লান্থেংনীংদে হায়দুনা ৱারেপ্লগা মরম্মাই ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা হোৎনখি, অদুবু ভগবান্না অর্জুনগী মথম্মাই ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবগী ৱারেপ অদু শুদ্ধ ওইহন্নবগীদমক অর্জুনদা ভগবদগীতা তম্বিখি। মরমদুনা অর্জুননা ভগবানগী ইন্দ্রিয় পেন্ননবা তৌগে হায়না য়াখি, মতৌ অসুম্না ভগবান্না পাম্বা মতুং ইন্না অর্জুনস্থ কুরুক্ষেত্রগী লাল তৌখি।

বেদনা ঐখোযবু অমম্বদগী থোক্কনা মঙালগী মায়ৈক পাংঙু হায় (তমসি মা জ্যোতির্গময়)। মরমদুনা মঙালগী লম্বীদি ভগবানগী ইন্দ্রিয় পেলহন্নবা লম্বীনি। শেরান্নবা লুচিংবিগ্রবা মীতাশিং নংত্রগা বুদ্ধি ৱাংপা মীতাশিংনা অর্জুন অমসুং ভগবান্‌গী ভক্ত অতৈশিংনা চৎলম্বা লম্বীদা চৎলগা ভগবানগী ইন্দ্রিয় পেন্ননবা হোৎনগেদি হায়দ্রগা অসুম চুম্না আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বী পায়গে হায়। ভগবান্‌গী পেন্ননবা তৌবগী মহূত্তা মখোযনা মরম্মাই বুদ্ধিনা ইন্দ্রিয পুম্নমক্কী থবক থিংনবা হোৎনৈ (হঠ যোগ) নংত্রগা ভগবান্‌গী দিব্য ইন্দ্রিয় লৈ হায়বসি যাদে (জ্ঞানযোগ)। ভক্তশিংদি যোগী অমসুং জ্ঞানীশিংগী মথক্তা লৈ, মরমদি শুদ্ধ ভক্তশিংনা ভগবানগী ইন্দ্রিযশিং লৈ হায়বসি য়াদবা তৌদে; মখোয়না ভগবানগী ইন্দ্রিয পেলহনবা পাম্মী। খওদবতনা মরম ওইদুনা যোগী অমসুং জ্ঞানীশিংনা ভগবান্‌গী ইন্দ্রিয় লৈ হায়বসি য়াদে, মতৌ অদুনা মখোয়না মরম্মাই পাম্বৈনা মখোযগী অনা লোযরবা ইন্দ্রিয়শিংবু থুদুম চন্নবা হোৎনৈ। ইন্দ্রিযশিংগী অনা লোয়রবা ফীভমদা ইন্দ্রিয়শিংবু শেন্দ্রমগী ওইবা পোৎচঙ হেক্কৎনবা থবক য়াম্না তৌযি। ইন্দ্রিযশিংগী থবক হেক্কৎনবা তৌবদা খুদোংচাদবা উরুরবা মতমদা উরিবা মীদুবু জ্ঞানী কৌযি, অদুগা যৌগিক সাধন তৌদুনা ইন্দ্রিযগী থবক লেপহন্নবা কনাগুম্বনা হোৎনরবা মতমদা মাবু যোগী কৌযি, তৌইগুম্বসুং ভগবানগী চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংবু মপুঙ ফানা কনাগুম্বা মীনা খঙলগা ভগবান্‌গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা হোৎনবা মতমদা মহাকপু ভগবান্‌গী ভক্ত কৌয়ি। ভগবানগী ভক্তশিংনা ভগবান্‌গী ইন্দ্রিয়শিং লৈ হায়বসি য়াদনবা হোৎনদে, অদুগা খুৎশেম পাম্বৈনা ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংবু লেপহন্নবা তৌদে। মখোয়না অর্জুনগুম্না মখোয়গী শুদ্ধ-ওইহন্নবা ইন্দ্রিয়শিংবু ইন্দ্রিয়গী মবুংঙো ভগবানগী সেবাদা শীজন্নৈ, মতুম তৌবগা মখোয়না সিদ্ধি পুম্নমক্কী মকোক ভগবানবু পেলহনবা হায়বা সিদ্ধিদু ইলায লায়না ফংজৈ।

শ্লোক ৩১

**তৈজসাৎ তু বিকুর্বাণাদিন্দ্রিয়াণি দশাভবন্ ।**
**জ্ঞানশক্তিঃ ক্রিয়াশক্তির্বুদ্ধিঃ প্রাণশ্চ তৈজসৌ ।**
**শ্রোত্রং ত্বগ্‌ঘ্রাণদৃগ্ জিহ্বা বাগ্দোর্মেঢ্রাঙ্ঘ্রিপায়বঃ ॥৩১॥**

তৈজসাৎ—রাজস অহঙ্কারদগী; তু —অদুবু; বিকুর্বাণাৎ—বিকার লাকপনা; ইন্দ্রিয়াণি—ইন্দ্রিয়শিং; দশ—তরা; অভবন্—ওইরকখি; জ্ঞান-শক্তিঃ—জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙা; ক্রিয়াশক্তি—থবক তৌনবা ইন্দ্রিয মঙা; বুদ্ধিঃ—লৌশিং; প্রাণঃ—থবাই; চ— অমসুং; তৈজসৌ—রাজস গুণা পুখোরকপা পোৎ পুম্নমক, শ্রোত্রম্—তাম্মনবা ইন্দ্রিয় (নাকোঙ); ত্বক্ —শোকপদা (স্পর্শ তৌরকপদা) খঙনবা ইন্দ্রিয় (উনশা);

ঘ্রাণ—মণম নম্মনবা ইন্দ্রিয় (নাতোন); দৃক্—উননবা ইন্দ্রিয় (মীৎ), জিহ্বা—মহাও তংমনবা ইন্দ্রিয় (লৈয়েঙ); বাক্—বা ঙাঙনবা ইন্দ্রিয় (চীন); দোঃ—থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়; মেঢ্র—অঙাঙ পোক্লবা ইন্দ্রিয়; অঙ্ঘ্রি—খোঙ; পাযবঃ—শৌচখোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজস অহঙ্কারনা বিকার লাকপদগী ইন্দ্রিয় তারা পোকই। জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙানে, থবক্কী ইন্দ্রিয় মঙানে, বুদ্ধিগা প্রাণগনে মখোযসে রাজস অহঙ্কারদগী থোরকপা ঙাক্লি। হায়রিবা ইন্দ্রিয় তরাদি—নাকোঙ, উনশা, নাতোন, মীৎ, লৈযেঙ, চীন, খুৎ, অঙাঙ পোক্লবা খুৎলাই (লিঙ্গ), খোঙ অমসুং শৌচখোঙ অসিনি।

নৈনবোল

সংসারদা হিংগে হাযরবদি মী মীতুগী বুদ্ধি অমসুং প্রাণ হাযবতুদা লৈবে। সংসাবদা হিংনবা অবাবগী মশক ওইবা লাল থেংনবদা বুদ্ধিগী মতেঙ জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙানা পাংঙী, অতুগা থরাইনা খোঙ খুৎনচিংবা থবক্কী ইন্দ্রিযশিং শীজন্নতুনা হিংজে। শূপ্পা হাযববদা হিংবগী লাল অসি রাজস অহঙ্কারগী থবক্নি। মরমসিনা ইন্দ্রিয় পূম্নমকনে বুদ্ধিগা প্রাণগনে মখোয়সি অনীশুবা প্রাকৃত গুণ বজঃ হাযবসিনা থোকহনবা ঙাক্লি। অতুবু রাজস গুণ অসিনক্তি, মথক্তা হাযখিবগুম্না, মুংশীৎ (মকু°) কৌবা মহাভূত অতুনা পৃথোবকপনি।

শ্লোক ৩২

**যদৈতেঽসঙ্গতা ভাবা ভূতেন্দ্রিয়মনোগুণাঃ।**
**যদায়তন নির্মাণে ন শেকুর্ব্রহ্মবিত্তম ॥৩২॥**

যদা—মতম অতুদা; এতে—মখোযসি; অসঙ্গতাঃ—তিন্নদবা, ভাবাঃ—ওইবা; ভূত—ভূত, ইন্দ্রিয—ইন্দ্রিয়, মনঃ—পুক্নীং, গুণাঃ—প্রাকৃত গুণশিং; যদা—মতম অতুদা; আযতন—হকচাঙ, নির্ম্মাণে—শাগৎপদা; ন-শেকুঃ—ঙমদে; ব্রহ্মবিত্তম—হে ব্রহ্ম খঙবা মবক্তা অথোইবা নাবদ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মবিৎ-মকোক নারদ, ভূত, ইন্দ্রিয়, পুক্নীং অমসুং প্রাকৃত গুণশিংসে পুল্লপ পুমশন্দ্রিবা মতম অতুক্কী মখৈ হকচাঙশিংসে (আযতনশিংসে) শাগৎপা ওইথোক্তে।

নৈনরোল

জীবশিংগী হকচাঙ জাৎ জাৎ মযামসি শাগৎপদি মোটোর কারগী মপোৎ মচৈ মযাম্না পুমশন্দুনা মোটোর কার মথল মথল পানখৎপগা পাংখক্লি। কাব শাবা লোযবদুনা লৈববা মতমদা কাব-থোবা মীতুনা কারদা ফম্নগা কারতুবু মানা পাম্বা মাযকৈদা থৌতুনা পুই। বাক্যমসি ভগবদ্গীতানস্থ হাযরি (১৮।৬১): জীবদি হকচাঙ কৌবা যন্ত্রদা ফমহনবগুম্বনি, অতুগা হকচাঙ কৌবা কারতুনা প্রকৃতিগী মীৎযেং মথাদা চৎলিবনি মতুদি—রেলগাড়ীবু ড্রাইভরগী মীৎযেংদা চলাইবগুম্না। অতুবু জীবশিংদি মখোয়গী হকচাঙশিংতু নত্তে, মখোযদি হকচাঙদগী তোঙানবনি। অতুবু বুদ্ধি থাৎপা প্রাকৃত বিজ্ঞানগী পণ্ডিত-শিংনা হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমসুং প্রাকৃত গুণচিংবা হকচাঙ শককশিংসে করম্না পুমশনগদগে হায়বতু খঙদে। জীব খুদিংমক ভগবানগী অংশ ওইনা প্রাকৃত নত্তবা মৈরীক অমমম্নি। মপানা মচাশিংবু চানবিবনিনা ভগবানগী থৌজান্না জীব খুদিংনা প্রকৃতিবু খুতুম চন্নীংবা মতুং ইন্না তৌজনবা জীববু ননীঙ খজিক খজিক তমহল্লী। কনাগুম্বা অঙাঙ মশা অমনা অঙাঙনা কপ্পা ফননবা অঙাঙদা শান্নপোৎ

থন্না পীবগুম্না ভগবানগী ইচ্ছানা প্রাকৃত সৃষ্টি পুন্নসিনা ককঙাওনবা জীবশিংবু মখোয়গী অপাম্বা পোৎ ফংবা য়াননবা তৌহল্লী, তৌবদবু ভগবানগী মনাই প্রকৃতিগী মীৎয়েংখাদা। জীবশিংসি ভগবানগী মায়াকৌবী মনাইম্নুপীগী মীৎয়েং-খাদা লৈরগা সংসার কৌবা প্রাকৃত ক্ষেত্রদা (শান্নবুংদা) শান্নরিবা অঙাঙশিংগা অম্বানি। মখোয়না মনাইম্নুবী মায়াদুবু অশুপ্পী সর্ব্বেসর্ব্বানী হায়না লৌয়ি অদুগা পরতত্ত্বু মুপীনি (লাইরেম্মা দুর্গা হায়বনচিংবা) হায়না থল্লী। অপঙবা অঙাঙ মানবা সংসারীশিংনা মনাইম্নুবী প্রকৃতিদমক খঙবদগী হেন্না চৎথবা ঙমদে, অদুবু ভগবানগী অহল ওইরবা বুদ্ধি-লৈবা মচানুপাশিংনা নীঙথিনা খঙবদি অসিনি মদুদি প্রকৃতিগী থবক পুন্নমক ভগবানগী খুদুম খাদা লৈবনি, মদুদি মনাই-নুবী অমনা মপু ওইরিবা হায়বদি চাওথ্রিবা অঙাঙশিংগী মপাগী মীৎয়েং মখাদা থবক তৌবগুম্বনি।

ইন্দ্রিয়নচিংবা হকচাঙ কায়াৎশিংসি মহৎ-তত্ত্বগী সৃষ্টি ঙাক্কনি, অদুগা মখোযসিবু ভগবানগী ইচ্ছানা পুন্নশল্লবা মতমদা প্রাকৃত দেহ (হকচাঙ) অসি ওইরকপনি অদুগা থবক মখা তানা তৌননবা জীববু দেহদু শীজন্নহনবনি। ৱাযমসি মখাগী অস্তম্না তান্নী।

শ্লোক ৩৩

**তদা সংহত্য চান্যোন্যং ভগবচ্ছক্তিচোদিতাঃ।**
**সদসত্ত্বমুপাদায় চোভয়ং সসৃজুর্হ্যদঃ ॥৩৩॥**

তদা—মতমদুদা, সংহত্য—পুন্নশনবা ওইরদুনা, চ অমসুং; অন্যোন্যম মশু মশে; ভগবৎ ভগবাননা; শক্তি - শক্তি, চোদিতাঃ—শীজন্নবা ওইদুনা; সৎ-অসত্ত্বম্—মক(মুখ্য) ওইনা অমসুং মথঙ (গৌণ) ওইনা, উপদায—লৌশিন্দুনা; চ—অমসুং; উভয়ম্—অনীমক; সসৃজুঃ—শেমখি ওইংবাগ, হি —লেপ্পমক, অদং— বহ্মাণ্ড অসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা ভগবানগী তিন্নহনবা হৈৰা শক্তিনা মখোয় পুন্নমকসি তিলহল্লবদা সৃষ্টিগী মুখ্য অমসু গৌণ কারণ অনীমকপু লৌরগা ব্রহ্মাণ্ডসি ওইরকপনি।

নৈনরোল

নৈনবিবা শ্লোকসিদা তশেংনা হায়বিবদি পরমেশ্বর ভগবান্না সৃষ্টি-তৌবদা মহাক্কী মখল মখাগী শক্তি শীজয়ে হাযবসিনি; মসি হায় হাযদুনসু ভগবান্ মহামক্না প্রাকৃত সৃষ্টিশিংসি মহামক্না শক ওল্লকপদি নত্তে। মহাক্না মাগী তোঙান-তোঙানবা শক্তি শীজন্নদুনা অদুগা মাগী অংশ-কলাশিংনা মহাবু প্রকাশ তৌযি। ব্রহ্মজ্যোতিগী বৈকুণ্ঠ-আকাশগী কাচিন অমদা প্রাকৃত-নত্তবা নোংমঙ অমা থোকখি অদুগা নোংনা বুপ্পা শকক অদু মহৎ-তত্ত্ব কৌযি। মদুদগী ভগবান্না মাগী অংশ-অবতার মহা বিষ্ণু ওইনা মহৎ তত্ত্বগী ঈশীং মনুঙদা হিপ্লুনা লৈ, ঈশীং অসি কারণ-জল কৌয়ি। মহাবিষ্ণুনা কারণ সমুদ্র অসিদা চেপ্লিঙৈদা মহাক্কী নুংশাসোর হোনবদা মশীঙ লাকঙমদবমখৈ ব্রহ্মাণ্ড ময়াম থোরকয়ি। ব্রহ্মাণ্ড মথামসে তাউদুনা লৈরিবনি। অদুগা কারণ সমুদ্রদা ইচাই চাইনা লৈরিবনি। মখোয়না লৈবসে মহাবিষ্ণুনা সোর হোনবা মতমদু ফাওবদা লৈ। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা মহাবিষ্ণুসিমক্না গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙডী অদুগা লিলগী মশক ওইবা শেষ অবতারগী মথক্কা চেপ্পী। মহাক্কী খোযদোংদগী থম্বাল পাম্বী অমা চোংখৎলকয়ি অদুগা থম্বালদুদা ব্রহ্মাণ্ডগী মবুংঙো ব্রহ্মা পোকয়ি। ব্রহ্মানা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবিবা জীব মখল মখা ময়াম মখোয় মখোয়গী অপাম্বা লৈবা য়েংদুনা মওং কয়াগী ওইনা সৃষ্টি তৌয়ি। মহাক্না মুমীৎ, থা অমসুং লাইয়াম অতৈসু সৃষ্টি তৌয়ি।

মরমত্থনা প্রাকৃত সৃষ্টিগী ইঞ্জিনিয়র পুরেন্দি (মকোক্তি) পরমেশ্বর ভগবান্ মহামক্নি, য়াফমসি ভগবদ্গীতাদসু হায়রি (৯।১০)। মহাক্না প্রকৃতিবু অচৎ-চত্তা পূম্নমক সৃষ্টি তৌ হায়না য়াথং তাউথে।

প্রাকৃত সৃষ্টিগী মওং অনী লৈ; মহাবিষ্ণুনা তৌবা মথক্তা পন্থ্রিবা অসুম্না শেম্বা সৃষ্টি মখল অমা, অদুগা ব্রহ্মাণ্ড নামতমক শেম্বা সৃষ্টি মখল অমা। অনীমক ভগবান্না তৌবা ঙাক্নি, মতৌ অসুম্না ঐথোয়না উরিবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মওংসি ওইরিবনি।

শ্লোক ৩৪

**বর্ষপূগসহস্রান্তে তদণ্ডমুদকেশয়ম্।**
**কালকর্ম্মস্বভাবস্থো জীবোঽজীবমজীবয়ৎ ॥৩৪॥**

বর্ষপূগ—চহী য়াম্না, সহস্র-অন্তে—চহী লীশীঙ লীশীঙগী; তৎ—মদু; অণ্ডম্ —ব্রহ্মাণ্ড; উদকে—কারণজলদা; শয়ম্—চেপ্পা, কাল—মতম; কর্ম্ম—থবক; স্বভাবস্থঃ—প্রাকৃত গুণগী মতুঙ ইন্না; জীবঃ—জীবগী মপু; অজীবম্—থরাই পান্দবা; অজীবয়ৎ—থরাই পালহল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক য়ুগ লীশিং লীশিং চুপ্পা ঈশীংদা (কারণসমুদ্রদা) লৈরম্মী অমসুং জীবগী কর্ম্ম স্বভাববী মতুং ইন্না জীবদা চঙদুনা লৈরিবা হিরণ্য গর্ভ-অন্তর্য্যামী পুরুষ (পরমাত্মা) অদুনা চেতন যাওদবা (থরাই-পান্দবা) অংবু চেতন যাওবা ওইহল্লি।

নৈনরোল

ভগবানবু মক৲সিদা জীবনি হায়রি মবমদি মহাক্না জীব পূম্নমক্কী লুচিংবা মকোক্নি। বেদদা মহাকপু নিত্য হায়না হায়বদি নিত্য ওইবা অতৈ পূম্নমক্কী মকোক্নি হায়না বর্ণন তৌই। ভগবান্গা জীবগা লৈনরিবা সম্বন্ধদি মপাগা মচাশিংগা লৈনরিবা অদুগুম্বনি। মচাশিংগা মপাগা মান্নবসি গুণ যেংলুরগা মান্নবনি, অদুম ওইনমক মপাদি কদৌঙৈদম্ মচাদু নত্তে নত্রগা মচানা মাবু পোকপা মপাদু ওইবা য়াদে। মবমত্থনা মথক্তা হায়খিবগুম্না, ভগবান্না গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা নংত্রগা হিরণ্যগর্ভ পরমাত্মা ওইনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা চঙভী অদুগা প্রকৃতিগী গর্ভদা জীব ময়াম পোকহল্লগা ব্রহ্মাণ্ডবু চেতন য়াওবা ওইহল্লি, য়াফমসি ভগবদ্গীতানসু হায়রি। প্রাকৃত সৃষ্টিগী প্রলয় তৌরবা মতুংদা জীবশিংসি ভগবান্গী হকচাঙ মনুঙদা লুপ্পুনা লৈ অমসুং সৃষ্টিগী তুংদা প্রকৃতিগী গর্ভদা হানজল্লি। মরমসিনা সংসারদা লৈবা মতমদা প্রাকৃত মায়াবু জীবশিংগী মমানি হায়রিবনি অদুগা ভগবানবু জীবশিংগী মপানি হায়বিবনি। অদুমকপু চেতন ওইহনবা মতমদা জীবশিংনা মখোয় মখোয়গী থবকশিংদু (কর্ম্মদু) নৌহোননা তৌখংলি মতমগা স্বভাবগী মতুং ইন্না। মতৌ অসুম্না মখল মখাগী জীব ময়াম থোরকই। মরমসিনা প্রাকৃত জগৎতা পূম্নমক্কী থোরকফম হায়বদু খিকরগা মমৈদা মমৈদা ভগবান্না ওইরম্বনি।

শ্লোক ৩৫

**স এব পুরুষস্তস্মাদণ্ডং নির্ভিদ্য নির্গতঃ।**
**সহস্রোর্বঙ্ঘ্রি বাহ্বক্ষঃ সহস্রাননশীর্ষবান্ ॥৩৫॥**

সঃ—মহাক ভগবান্; এব—মক, পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; তস্মাৎ—ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙ অদুদগী; অণ্ডম্—হিরণ্যগর্ভ; নির্ভিদ্য—খায়রোক্লগা; নির্গতঃ—থোরকখি; সহস্র—লীশিং; উরু—কৈগল; অঙ্ঘ্রি—খোঙ; বাহু—পাম্বোম; অক্ষঃ—মীৎ; সহস্র—লীশীঙ; অনন—চীন; শীর্ষবান্—কোক পানবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানদুনা (মহাবিষ্ণুদুনা) কারণ সমুদ্রদা চেপ্পবস্থু মতুদগী থোরকয়ি, অদুগা মহামকপু হিরণ্যগর্ভ হায়না খায়দোক্লগা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা চঙডী অদুগা ফৈগল, খোঙ, পাম্বোম, চীন অদুগা কোক্লচিংবা লীশীং লীশীং পানবা বিবাট রূপ লৌয়ি।

নৈনরোল

ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা লৈবিবা লোক মযামসি বিরাট রূপকী মযম মযমদা তোঙান্ তোঙান্না লৈবিবনি। মথোযদুবু মখাগীসু্ন্না উংলী।

শ্লোক ৩৬

**যস্যেহাবয়বৈর্লোকান্ কল্পয়ন্তি মনীষিণঃ।**
**কট্যাদিভিরধঃ সপ্ত সপ্তোর্ধ্বং জঘনাদিভিঃ ॥৩৬॥**

যস্য—মহাক্কী; ইহ—জগৎসিদা; অবযবৈঃ—হকচাঙ-কায়াৎশিংনা, লোকান্—লোক মযাম; কল্পযন্তি—রাখল্লা শাগৎলী, মনীষিণঃ-পণ্ডিতশিংনা অচৌবা দার্শনিকশিংনা; কটি-আদিভিঃ—খ্বাংনচিংবদগী, অধঃ-মখারোমদা; সপ্ত—মরোল তরেং, সপ্ত-উদ্ধম্-থক্লোমদা মরোল তবেং; জঘন অদিভিঃ—মাঙথংবা শক্লক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পণ্ডিতশিংনা খনবদি (কল্পনা তৌবদি) ব্রহ্মাণ্ডগী লোক মযামসি ভগবানগী বিরাট রূপকী থক্কী মরোল তরেং অমসুং খাগী মরেল তরেং হাযবা অবয়ব (হকচাঙ কাযাৎ) ঙাক্তনি হায়বসিনি।

নৈনবোল

'কল্পয়ন্তি' হাযবদি রাখল্লা শাগৎপা রাহৈসি অর্থ-লৈবা অমনি। ভগবানগী বিরাট-রূপ অসি শ্রীকৃষ্ণগী থৎ-অনী পানবা নিতা মূর্তি অসিগা চুঙশল্লবা ঙমজদবা রাখল্লনা লাম্লবা হোৎনবা পণ্ডিতশিংগী কল্পনা অমনি। পণ্ডিতশিংগী কল্পনাদগী থোরকপা বিবাট রূপ অসি ভগবানগী শক্তম অমনি অদুবু মসিদি কল্পনাদগী থোবকপনি। বিবাট রূপসিগী মখ্বাঙদগী থক্লোমদা মরোল (লোক) তরেং ৩দুগা খ্বাঙ মখারোমদা মবোল তবেং অমা লৈ হায়। মসিদা হাযরিবা ভাব-তি অসিনি মদুদি ভগবান্না মাগী হকচাঙ-কায়াং খুদিংমক খঙডী অদুনা মাগী সৃষ্টিগী মনুঙদা মহাক্কী মখা পোন্দবা কল্লিমতা লৈতে।

শ্লোক ৩৭

**পুরুষস্য মুখং ব্রহ্ম ক্ষত্রমেতস্য বাহবঃ।**
**উর্বোর্বৈশ্যো ভগবতঃ পদ্‌ভ্যাং শূদ্রো ব্যজায়ত ॥৩৭॥**

পুরুষস্য—পবমেশ্বব ভগবানগী; মুখম্—চীন; ব্রহ্ম—ব্রাহ্মণশিংনি; ক্ষত্রম্—ক্ষত্রিয়শিংনা; এতস্য—মহাক্কী; বাহবঃ—পাম্বোমশিং; উর্বোঃ—ফৈগলশিংনা; বৈশ্যঃ—লল্লোনবা মীশিং; ভগবতঃ—ভগবানগী; পদভ্যাম্—মখোঙনা, শূদ্রঃ-শূদ্রশিং; ব্যজায়ত-থোরক্কপনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণশিংনা পরমেশ্বব ভগবানগী চীন্নি, ক্ষত্রিয়শিংনা মাগী পাম্বোন্নি, বৈশ্যশিংনা মাগী ফৈগল্লি অদুগা শূদ্রশিংনা মাগী খোঙদগী থোরকপনি।

মৈনরোল

জীব পুম্নমক ভগবান্‌গী অংশ ওাক্তনি; মখোয়না করম্না অদুম ওইরিবনো হায়বদু মৈনরিবা শ্লোক-সিদা ব্যাখ্যা তৌরি। মীওইবা সমাজগী মরি থোকপা বিভাগ হায়বদি লাইরীক হৈবা বর্ণ (ব্রাহ্মণশিং), লৈপাকওাকপা বর্ণ (ক্ষত্রিযশিং); ললোন্‌বা কাওবু (বৈশ্যশিং), অমসুং শূ-নোম্বা কাওবু (শূদ্রশিং) ভগবান্‌গী হকচাঙ-কায়াৎ ওাক্তি। হকচাঙদা লৈবা চীন হায়বসিগা হকচাঙদা য়াওবা খোঙ হায়বসিগা অনীসি শারকপগী মতাঙদদি করিস্নু খেন্নদে অদুবু মগুণ য়েংলগদি চীন নৎত্রগা কোক হায়বসিনা খোঙদগী মক-ওইবা হেন্নী। চীন, খোঙ, পাম্বোম অমদি মৈগন হায়বসি হকচাঙগী পুন্না য়াওমিন্নবা শক্তক ওাক্তি। ভগবান্‌গী হকচাঙ-কায়াৎশিংসে হকচাঙ মপুম্‌গী সেবা তৌননবগীদমক্তি। চীন্না ৱাঙাওবগী অমসুং চাবগীদমক্তি, পাম্বোম্না হকচাঙ ওাকশেন্নবগীনি, খোঙনা হকচাঙ পুদুনা চৎনবগীনি অদুগা খ্বাঙনা হকচাঙ খাঙনবগীনি। মরমসিনা সমাজদা লাইরীক হৈবশিংনা (ব্রাহ্মণশিংনা) সমাজ দেহগীদমক ৱা ওাঙগনি অদুগা চীনজাক চাগনি সমাজ-দেহগীদমক অরাম্বা কোকহন্নবগীদমক। ভগবান্‌গী চান্নামদি যজ্ঞগী মহৈ লৌবনি। ব্রাহ্মণশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌবদা য়াম্না হৈগদবনি; অদুগা মখা-খোংবা বর্ণশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞদা য়াওগদবনি। ভগবান্‌গীদমক ৱা ওাঙবা হায়বদুদি ভগবান্‌গী তত্ত্ব প্রচার তৌদুনা ভগবান্‌গী স্বভাব অশেঙবদু অমসুং হকচাঙগী অতৈ কায়াৎশিংগী চপচাবা ফীভমদু প্রচার তৌদুনা ভগবানগী যশো-কীর্ত্তি শক-শোনগদবনি। মরমসিনা ব্রাহ্মণশিংনা বেদ খঙবা তাবনি। 'বেদগী' অর্থদি জ্ঞান (খঙবা, খঙগদবা পোৎ) হায়বনি অদুগা 'অন্ত' হায়বনা মদুগী অরোইবা মতাঙ হায়বনি। ভগবদ্গীতাগী মতুঙ ইন্না ভগবান্না পোৎ খুদিংগী থোরকফম্নি (অহম্ সর্ব্বস্য প্রভবঃ); জ্ঞান পুম্নমক্কী অরোয়বা পম্বুংদি (বেদান্তদি) ভগবান্‌বু খঙবা, মহাক্কা ঐখোয়গা অনীগী সম্বন্ধ খঙবা অমসুং সম্বন্ধদুগী মতুং ইন্না থবক তৌবা হায়বসিনি। হকচাঙগী কায়াৎশিংসি হকচাঙগা মরী লৈনৈ; মতৌ অদুগুম্না জীবনা মাগা ভগবান্‌গা লৈনরিবা সম্বন্ধদু খঙদবা য়াদবনি। মরমসিগীদমক মীওইবগী পুন্সিসি থোইদোক্না লেন্‌গদবনি; মরমসি হায়বদি জীব খুদিংমক্না পরমেশ্বর ভগবান্‌গা লৈনরিবা সম্বন্ধ খঙববু হায়বনি। সম্বন্ধসিবু খঙত্রবদা মীওইবগী পুন্সি মাঙজরবনি। লাইরীক-হৈবা কাওবু হায়বদি ব্রাহ্মণশিংনা ভগবান্‌গা লৈনরিবা ঐখোয়গী সম্বন্ধসি প্রচার তৌবগী অমসুং প্রজা মীয়াম্বু অচুম্বা লম্বীদা হোইদুনা পুবগী থোইদোক্না দারী ওই-গদবনি। হায়রিবা থবক অসি প্রজা মীয়াম্না পাঙথোকপা ঙম্নবা ক্ষত্রিয়শিং অসি জীবশিংবু ওাকশেন্নবা লৈগদবনি, বৈশ্যশিংনা মহৈ মরোং পুথোক্লগা মীওইবা সমাজ পুম্বদা য়েম্থোক্কদবনি, মরমদি মদুনা মী পুম্নমক হকচাঙ মুংঙাইনা লৈবা অমসুং মীওইপোক্কী মথৌদাং পুম্বা পাঙথোকপা ঙম্নবনি। বৈশ্য-শিংনা শক্লোম অমসুং শক্লোমদগী থোকপা পোৎ ওক্না পীবা ঙম্নবা শল অমোমশিং য়োক-শেন্‌গদবনি; বেদান্ত হায়বদি অরোইবা জ্ঞান ফংনবা সভাতা অমা মপুঙ যানা ওারুনবা হকচাঙ-মনুঙ শেংবা অমসুং বুদ্ধি শক্লোম্‌তনা পীবা ঙমগনি। শূদ্রশিংনা (বর্ণ অতৈগী থবক হৈতবা মীতানা) বুদ্ধি ৱাংপনে অদুগা শক্তি ৱাংপনে থবক অতৈ ঙমত্রবসু অৱাংবা থাক্কী বর্ণশিংগী খুৎকী থবক তৌবীবা য়াই অমসুং মখোয়গা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবগীদমক কান্নবসু ফংগনি। মরমসিনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসি ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈনরগা মপুঙফাবা অমা ওইগদৌবনি। ভগবান্‌গা সম্বন্ধসি লৈত্রবদা মীওইবগী সমাজ অসি ইচাই-চাইরগদবনি অমসুং শান্তিসু লৈররোয় অদুগা চাওখৎপসু ওইররোয়। ৱাফমসি বেদনসু হায়রিবনি—ব্রাহ্মণোঽস্য মুখম আসীৎ বাহূ রাজন্যঃ কৃতঃ।

শ্লোক ৩৮

**ভূর্লোকঃ কল্পিতঃ পদ্ভ্যাং ভুবর্লোকোঽস্য নাভিতঃ।**
**হৃদা স্বর্লোক উরসা মহর্লোকো মহাত্মনঃ ॥৩৮॥**

ভূঃ—মর্ত্যভূমি (মালেম); লোকঃ—লোক (মরোল); কল্পিতঃ—অদুম ওই হায়না খল্লে; পদ্ভ্যাম্ —খোঙদা; ভুবঃ—মথক থংবা; লোকঃ—মরোল; অস্য—মহাক্কী; নাভিতঃ—খোইদোদগী; ছদা—থম্মোইনা; স্বঃ লোকঃ—দেবতাশিংনা লৈরিবা স্বর্গলোক; উরসা—থবাক্না; মহঃ লোকঃ—মহর্ষি অমদি মহামুনিশিংনা লৈবা লোক; মহাত্মনঃ—পরমেশ্বর ভগবান্গী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খাগী লোক পুম্নমক হায়বদি মর্ত্যলোক ফাওবা ভগবান্গী খোঙদা লৈ। ময়ায়গী লোকশিং হায়বদি ভুবর্লোক-দগী লৌরগা মাগী খোয়দোদা (নাভিদা) লৈ। মখোয়সিদগী হেন্না রাংখৎলিবা লোক হায়বদি অমর দেবতাশিংনা লৈবা স্বর্গলোক অমসুং মহর্ষি-মহামুনিশিংনা লৈবা মহর্লোক অদু ভগবান্গী থবাক্তা লৈ।

নৈনরোল

ব্রহ্মাণ্ডসিগী মনুঙদা লোক তরামন্নিথক লৈ। মখা থংবা লোকপুনা ভূর্লোক অদুগা ময়ায থংবা লোকপুনা ভুবর্লোক অমসুং মথুদগী রাংখৎনা লৈবা লোকপুনা স্বর্লোক কৌই। মখোয লোই-নমকসি ভগবান্গী দেহদা লৈরিবনি। অমরোমদা হায়রগা ব্রহ্মাণ্ড লৈবা বনামতনা ভগবানগা মনী লৈনদবা য়াওদে।

শ্লোক ৩৫

**গ্রীবায়াং জনলোকোঽস্য তপোলোকঃ স্তনদ্বয়াৎ।**
**মূর্ধভিঃ সত্যলোকস্তু ব্রহ্মলোকঃ সনাতনঃ ॥৩৯॥**

গ্রীবায়াম্—ঙকফাওবদা; জনলোকঃ—জনলোক হায়বা মরোল; অস্য—মহাক্কী (ভগবানগী), তপোলোকঃ—তপোলোক; স্তনদ্বয়াৎ—খোমদগী হৌরগা; মূর্ধভিঃ—কোক্না; সত্যলোকঃ—সত্যলোক, তু—অদুবু; ব্রহ্মলোকঃ—বৈকুণ্ঠলোক; সনাতনঃ—মতম পুম্নমক্কী ওইবা (নিত্য)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জনলোক অমসুং তপোলোক কৌবা লোকশিংসি ভগবান্গী বিরাট-রূপকী থবাক্কী (খোম অনীদগী) হৌরগা ঙকশম ফাওবদা লৈ; অদুগা পুম্নমক্কী রাংনা লৈবা সত্যলোক হায়বদদুনা বিরাটরূপকী কোক্তা লৈ। অদুবু বৈকুণ্ঠ লোকশিংদি নিত্যনি।

নৈনরোল

ভাগবতমগী নৈনরকপদা মক্ষম অয়াম্বদা বৈকুণ্ঠ আকাশদি প্রাকৃত আকাশগী রাংমদা লৈ হায়না হায়রবনি। রাক্ষমসি নৈনরিবা শ্লোকসিনা প্রমাণ ওইরিবনি। 'সনাতন' হায়বা শব্দসি অর্থ লৈবা অমনি। সনাতন (নিত্য) ওইবগী ভাব অসি ভগবদ্গীতাদসু হায়রি (৮।২০), মথুদা হায়রিবদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী রাংমদা বৈকুণ্ঠ আকাশ অসি লৈ অমসুং বৈকুণ্ঠ আকাশ অসিদদি পোং খুদিংমক নিত্যনি। করিগুম্বা মতমদা ব্রহ্মাগী লৈকম সত্যলোক অসিবু ব্রহ্মলোক হায়নসু কৌনৈ অদুবু মক্ষমসিদা পল্লিবা ব্রহ্মলোকসিদি সত্য লোক নত্তে। ব্রহ্মলোক অসিদি সনাতন-নি (নিত্যনি) অদুগা সত্যলোক হায়বসিদি সনাতন নত্তে। অনীসিগী খেন্নবা তাক্লবা হায়দুনা মতাঙসিদা 'সনাতন' হায়বা শব্দসি শীজন্নবনি। শ্রীল জীব গোস্বামীগী মতুং ইন্না ব্রহ্মলোকসিদি ব্রহ্মন্গী হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্গী লৈকম লোক-নি। বৈকুণ্ঠ আকাশদদি লোক পুম্নমক ভগবান্ মশামক্সুম্বনি। ভগবান্দি চিন্ময়-নি, অদুগা মাগী মিং, মীংচৎ, গুণ, লীলানচিংবা পুম্নমক মাগা করিমতা খেন্নদে মরমদি মহাক্তি অদ্বয়তত্ত্বনি (মাগুম্না অনী গুদবা মানি)। হায়রিবা লোকশিংদুদা হকচাঙগা আত্মাগা করিমতা খেন্নদে অদুগা প্রাকৃত জগতা মতমগী প্রভাব লৈবগুম্না লৈতে। কালগী প্রভাব লৈতবদগী মথক্তা ব্রহ্মলোক মনুঙগী লোকশিংদু

চিন্ময় ওইবা মরম্না মখোয়গী প্রলয় লৈতে। দিব্য (প্রাকৃত-নত্তবা) লোকশিংগী মথল মথেল ময়ামদুসু ভগবান্‌গা করিমত্তা খেন্নদে। মরমদুনা বেদসূত্র 'একম্ এবাদ্বিতীয়ম্' হায়বদু চিন্ময় ওইবা মথেল মরক্কী 'সনাতন' ইরাঙদা মপুং ফানা খঙবা ঙম্মী। প্রাকৃত জগৎসি ভগবানগী দিব্য ধামগী অমম্বা ছায়ামূর্ত্তি অমগুম্বতমি, মানা মসি (ছায়া) ওইবা মরম্না মসি কদৌউৈদসু নিত্য নত্তে; (চিংকা জড়পা হায়বা) তুমাগী প্রাকৃত জগৎসিদা লৈন্নিবা থেন্নবগী মথেলসি দিব্য জগৎকা মান্নৈ হায়না চাংদম্নবা য়াদে। খঙবা রাংপা মরম্না বুদ্ধি থেনবা মীতাশিংনা ছায়া ওইবা প্রাকৃত জগৎকী ফীভমশিংবু দিব্য জগৎকী ফীভমশিংগা মান্নৈ হায়না শেরান্নবা লৌয়ি; মতৌ অসুম্না ভগবান্‌বু অমসুং মাগী প্রাকৃত জগৎত্তা শান্নববা লীলাশিংবু মায়াবদ্ধ জীব অমসুং মাগী থবকশিংগা মান্নৈ হায়না লৌযি। ভগবান্না মসিগুম্বা অপঙবশিংবু ভগবদ্গীতাদা অসুম্না চৈরি (৯।১২):--

**অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনুম্ আশ্রিতম্।**
**পরং ভাবম্ অজানন্তো মম ভূত-মহেশ্বরম্॥**

ভগবানন্না অবতার তৌবা মতমদা মাগী মায়া (আত্মমায়া) শীজিন্নদুনা মহাক্না অবতার তৌয়ি, অমসুং অপঙবশিংনা ভগবানবু প্রাকৃত সৃষ্টিলক্কী মী অমনি হায়না লৌই। মবমদুনা শ্রীধর স্বামীনা শ্লোকসিগী টিকা পীবদা শ্লোকসিদা পল্লিবা ব্রহ্মলোক অসি বৈকুণ্ঠনি হায়বদি ভগবানগী রাজ্যনি অদুগা মসি সনাতন হায়বদুনি। অদুনা রাজ্যসি সনাতননি, মরম অদুনা মথক্তা হাযখিবা প্রাকৃত সৃষ্টিগুম্বা নত্তে। ভগবানগী বিরাট-রূপ অসি প্রাকৃত জগৎকীদমক রাখন্না শাগৎপনি। ভগবানগী ধাম হায়বদি চিন্ময় জগৎ অসিগা বিরাট-রূপসিগা মরী লৈনদে।

শ্লোক ৪০-৪১

**তৎকট্যাং চাতলং ক্৯প্ত মূরুভ্যাম্ বিতলং বিভোঃ।**
**জানুভ্যাং সুতলং শুদ্ধং জঙ্ঘাভ্যাং তু তলাতলম্॥৪০॥**
**মহাতলং তু গুল্ফাভ্যাং প্রপদাভ্যাং রসাতলম্।**
**পাতালং পাদতলত ইতি লোকময়ঃ পুমান্॥৪১॥**

তৎ—মাগী; কট্যাম্—খ্বাঙদা; চ—সু; অতলম্—অতল (পৃথিবীগা হেক থংনবা মথা), ক্৯প্তম্—লৈবা; উরুভ্যাম্—ফৈগন্দা, বিতলম্—অতলগী হেক থংনবা মথা থংবা লোক; বিভোঃ—ভগবানগী, জানুভ্যাম—খুকুউদা; সুতলম্—বিতলম্‌গী মথা থংনবা লোক, শুদ্ধম্—শেংদোক্লবা; জঙ্ঘাভ্যাম্—খুবোম্‌দা, তু—অদুগা, তলাতলম্—বিতলগী মথাথংবা মরোল, মহাতলম—তলাতলগী মথাথংবা মরোল; গুল্ফাভ্যাম্—খুজেংদা; প্রপদাভ্যাম—খোঙনমদা, রসাতলম্—মথাগী তরুকশুবা লোক; পাতালম্—মথাগী তরেৎশুবা লোক; পাদতলতঃ—খুয়াদা; ইতি—অসুম্না; লোকময়ঃ—লোক (মরোল) ঙাক্ত ঙায়বা, পুমান্—ভগবান্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে বৎস নারদ, লোক তরামবিগী মনুঙদা খা-থংবা তরেৎ লৈ হায়বসি ঐঙোন্দগী খঙঙু। অহানবা লোক অতল হায়বদুনা খ্বাঙদা লৈ; অনীশুবা বিতল হায়বদুনা ফৈগন অনীদা লৈ; অহুমশুবা সুতল হায়বদুনা খুকউদা লৈ; মরিশুবা তলাতল হায়বদুনা খুবোমদা লৈ; মঙাশুবা মহাতল হায়বদুনা খুজেংদা লৈ; তরুকশুবা রসাতল হায়বদুনা খোঙণম্‌দা লৈ; অদুগা তরেৎশুবা পাতাল হায়বদুনা খুয়া অনীদা লৈ। মতৌ অসুম্না ভগবান্‌গী বিরাট-রূপ অদুদা লোক (মরোল) ঙাক্ত ঙায।

নৈনরোল

হৌজিক্কালগী থৌনাফবগী থবক পায়থৎপশিংনা (নোংথক-কোয়বশিংনা) লোক (মরোল) তরামরি লৈ হায়বসি শ্রীমদ্ভাগবতম্-দগী খঙবা য়াগনি। ভূর্লোক কৌবা মালেম পৃথিবীসিদগী হৌরগা লোকশিংগী মশীং থিগদবনি। ভূর্লোক অসিগী মথক্তা ভুবর্লোক লৈ, অদুগা খ্বাইগী মতোন্দা লৈবা লোক অদুবুনা

সত্যলোক কৌয়ি। মখোয়সিনা থক্কী লোক তরেৎনি। মতৌ অহুগুম্না খাগী অতল, বিতল, সুতল, তলাতল, মহাতল, রসাতল, পাতাল হায়বা লোক তরেৎ অমা লৈ। মহাপদ্ম (বিলিয়ন) অনীদা অনীক্না পুরিরগা ওইবা বর্গমাইল মশীংগী লমদম ওইবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা শীনথুংনা লোক ময়ামসি লৈরিবনি। হৌজিককালগী নোংংক-পাইবশিংনা পৃথিবীদগী মাইল লীশীং খরদমক চৎপা ওম্মী, মরমসিনা মখোয়না নোংদোম্বক্তা কোয়ননবা হোৎনরিবসি অণাওনা পাক-চাউথ্রবা মহাসাগরগী তোর্কান্দা শান্নবগুম্বনি। থা হায়বা লোক (চন্দ্রলোক) অসি থক্কী অহুমগুবা থাক্তা লৈবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মঙাগুবা স্কন্দগী পাকথ্রবা প্রাকৃত আকাশদা চাইরিবা লোকশিংগী অরাপ্পত্থ ঐখোয়না খঙবা ঙমগনি। ঐখোয়বু খম্মিরিবা ব্রহ্মাণ্ডসিগী রাংমদা ব্রহ্মাণ্ড মশীং ময়াম অমসু লৈরি। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসি মথক্তা পনথ্রবা সনাতন 'ব্রহ্মলোক' কৌবা প্রাকৃত-তত্ত্বা আকাশগী শরক মচেৎ অমথক্তদা লোইনা চল্লিবনি। পরমেশ্বর ভগবান্না যাম্না খৌজান্‌বিহুনা বুদ্ধি লৈবা মীতাশিংবু মহাক্কী নাক্তা হায়বদি মমুম-মমান্নাইদা হল্লক্লো হায়বগী বাসি ভগদগীতাগী (৮।১৬) শ্লোকসিদা হায়রি :—

**আব্রহ্মভুবনাল্লোকঃ পুনরাবর্ত্তিনোঽর্জ্জুন।**
**মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে॥**

নিত্য ব্রহ্মলোকগী মথাদা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ডগী খ্বাইদগী রাংবা লোক সত্যলোক হায়বসিদগী হৌবগা লোক পুম্নমক প্রাকৃত ঙাক্তনি। প্রাকৃত লোক ময়ামসিগী অমদা লৈবা জীবদি প্রকৃতিগী নিয়ম হাযবদি পোকপা, শিবা, হন্নরকপা অমদি অনায়েক হায়বা নিয়মসিগী মখা পোল্লি। অহুবু জীব অমনা ভগবানগী ধাম নিত্য ওইবা সনাতন ব্রহ্মলোক অহুদা চঙলবা মতমদা মথক্তা পন্‌খিবা সংসার মৈচাক ময়ামসিদগী মপুঙফানা লাপ্তোকপা যাই। মরমদুনা জ্ঞানী-যোগীশিংনা থন্‌জবা মুক্তিদি (অরান্‌খুভমদি) ভগবানগী ভক্ত ওইরবদদা ওইথোক্তনি। দিব্য অবস্থাদা সেবাগী পুকচেল ফংলবতদা জীবনা ভগবদ্ধামদা চঙবা ঙমগনি। মরমদুনা জ্ঞানী অমসুং যোগীশিংনা অওইবা ওইনা মুক্তি ফংদ্রিঙৈদা ইহান্ হেক হান্‌দা ভক্তি-কর্ম্মদা মায় ওন্‌সল্লীংবা তাই।

শ্লোক ৪২

**ভূর্লোকঃ কল্পিতঃ পদ্ভ্যাং ভুবর্লোকোঽস্য নাভিতঃ।**
**স্বর্লোকঃ কল্পিতো মূর্দ্ধ্না ইতি বা লোককল্পনা ॥৪২॥**

ভূর্লোকঃ—পতালদগী মর্ত্যভূমি ফাওবা লোক লোইনমক, কল্পিতঃ—কল্পনা তৌই, পদ্ভ্যাম্—খোঙদা লৈবা; ভুবর্লোকঃ—ভুবর্লোকঃ; অস্য—ভগবান্‌গী বিরাট রূপকী; নাভিতঃ—খোয়দোদা; স্বর্লোকঃ—স্বর্গদগী হৌরগা অরাংবা লোক লোইনমক; কল্পিতঃ—কল্পনা তৌয়ি; মূর্দ্ধ্না—থবাক্তগী কোক ফাওবা; ইতি—অস্মুনা; বা—নৎত্রগা; লোক—লোক (মরোল); কল্পনা—রাথল্লা শাগৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নৎত্রগা ত্রিলোক (মরোল অহুম) হায়না কল্পনা তৌরগনা ভগবান্‌গী খোঙদগী ভূর্লোক, খোয়দোদগী ভুবর্লোক অমসুং কোক্তগী স্বর্লোক লৈ হায়না কল্পনা তৌয়ি।

নৈনরোল

লোকশিংগী অহুম খোল্লা খায়দোকপগী রাহু মফমসিদা পল্লিবনি; অতৈ থরনা ভরামরি হায়না কল্পনা তৌয়ি, মহুসু ব্যাখ্যা তৌত্রে।

অস্মুনা ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অনীগুবা স্কন্দদা 'সর্ব্বকারণকারণম্' কৌবা মঙাগুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

—■—

## তরুকশুবা অধ্যায়

# পুরুষসূক্তবর্ণন

শ্লোক ১

**ব্রহ্মোবাচ**

**বাচাং বহ্নের্মুখং ক্ষেত্রং ছন্দসাং সপ্ত ধাতবঃ।**
**হব্য-কব্যামৃতান্নানাং জিহ্বা সর্ব্বরসস্য চ ॥১॥**

ব্রহ্মা উবাচ—ব্রহ্মাজিনা হায়রম্মী, বাচাম্—ৱাহৈ-খোঙ্হোক্কী; বহ্নেঃ—মৈগী; মুখম্—চীন; ক্ষেত্রম্—পোকফম্; ছন্দসাম্—গায়ত্রীনচিংবা বেদ ছন্দগী; সপ্ত—তরেৎ; ধাতবঃ—উন্সাগা মরোল তরূকা; হব্য—দেবতাশিংদা কৎপা অচাপোৎ; কব্য—ইপা-ইপুশিংদা কৎপা অচাপোৎ; অমৃত—মীওইবগী চীনজাক; অন্নানাম্—চীনজাক জাৎ পূম্নমক্কী; জিহ্বা—লৈয়েঙ; সর্ব্ব—পূম্নমক; রসস্য—মহাও পূম্নমক্কী; চ—অমস্তুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—বিরাট রূপকী চীন্না ৱাহৈ-খোঙ্হোক্কী থোরকফম্নি, অদুগা মদুগী অধিদেবতানা মৈনি। বিরাটরূপকী উন্সানচিংবা মরোল তরেৎনা বেদছন্দগী থোরকফম্নি অমস্তুং মহাক্কী লৈয়েংনা দেবতাশিংদা, ইপা-ইপুশিংদা অমদি মীয়ামদা কৎনবা চীনজাক অমস্তুং মহাও মখল ময়াম্নি।

নৈনবোল

ভগবান্গী বিরাট রূপকী ঐশ্বর্য্য (লল) ময়ামদু মফমসিদা বর্ণন তৌরি। মাগী মুখনা (চীন্না) ৱাহৈ-খোঙ্হোক পূম্নমক্কী থোরকফম্নি অদুগা মদুগী অধিষ্টাত্রী-দেবতানা অগ্নি (মৈ) দেবতানি। মাগী হকচাঙ শাগৎপগী উন্সা অমদি মরোল তরূক অদুনা বেদগী গায়ত্রীনচিংবা ছন্দশিংনি। গাযত্রীদি বেদমন্ত্র পূম্নমক্কী অহৌবনি; মদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্ধদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লী। থোরকফম ময়ামসি ভগবান্গী বিরাট রূপকী হকচাঙ-কায়াৎ ঙাক্তনিনা অদুগা প্রাকৃত সৃষ্টিগী ৱাংমদা ভগবান্গী রূপ অসি লৈবনিনা খোন, লৈয়েং, উনসা-অসিনচিংবা ভগবান্গী লৈ হায়বসিনা মখোয়সি মহাক্কী দিব্য-রূপকী য়াঙদবা নত্তে হায়না তাকয়ি হায়বসি খঙগদবা ওই। প্রাকৃত খোন অদুগা চীনজাক চাননবগী শক্তিসি অহান্বদা ভগবান্দগী থোরকপনি; অসিগুম্বা থবকশিংসি হান্না তুঙদুনা লৈরম্বশিংদুগী মমি ঙাক্তনি—প্রাকৃত-নত্তবা স্থিতিদু মখল মথেল নাইদবা নত্তে। প্রাকৃত নত্তবা জগত্তা, প্রাকৃত জগৎতা মমি ওইনা তারিবা মখল-মথেল ময়ামদু প্রাকৃত নত্তবা শক্তমদা হান্না লৈবা ঙাক্তি। খেন্নবা হায়বদু প্রাকৃত কর্ম্মশিংনা প্রাকৃত গুণ অদুম্না মোৎলবনি, অদুগা অপ্রাকৃত জগৎকী শক্তিশিংনা বিশুদ্ধ ঙাক্তনি, মরমদি মখোয়দি ভগবান্গী মক্তবা প্রেমসেবাদা শীজন্নৈ। বৈকুণ্ঠজগত্তা ভগবান্না পোৎলম খুদিংগী পরমভোক্তানি, অদুগা জীবশিংনা মফমদুদদি প্রাকৃত গুণা মোৎহন্বা ঙমদ্রবা ওইদুনা ভগবান্গী দিব্য প্রেমসেবা তৌদুনা লৈ। বৈকুণ্ঠধামদা তৌবা থবক্তি প্রাকৃত জগৎকী মতৌগুম্না ওইজ-থীবা য়াওদে, অদুম্নদি ওইরগা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা হায়বা জীবগী তোঙান্বা মশক মাঙডী হায়বদুগী ৱা লৈতে। ভক্তি হায়বদু নারদ পঞ্চরাত্রদা মথাগী অসুম্না হায়রি—

**সর্ব্বোপাধি-বিনির্মুক্তম্ তৎপরত্বেন নির্ম্মলম্।**
**হৃষিকেণ হৃষিকেশ সেবনং ভক্তিরুচ্যতে ॥**

মহৌশানা, ইন্দ্রিয় পুম্নমক ভগবান্‌গী ইন্দ্রিয়-তুঙফমদগী থোরকপনি। প্রাকৃত জগৎতা তৌরিবা ইন্দ্রিয়গী থবকশিংবু ভক্তিনা পবিত্র ওইহনগদবনি; মতৌ অদুম্না ঐখোয়গী মায়িক কর্ম্মগী হৌজিক ওইরিবা ফীভম্‌সি পবিত্র ওইহল্লগদদা পুন্সিগী মহৈ য়ান্‌বা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। উপাধি (হায়বদি ঐদি অদুনি অদানি হায়বা) ময়াম লৌবগী রাখন্দগী লাম্থোকপা ওম্নবা মতাঙদুদগী ইন্দ্রিয়শিংগী পবিত্রীকরণগী (শেংদোকপগী) থবক হৌগদবনি। জীব খুদিংমক, মহাগীদমক্কি থঙদে, ইমুংগীনি থঙদে, সমাজগীনি থঙদে, দেশনচিংবগীনি থঙদে, থবক অমা নৎত্রগা অমদি তৌয়ি, অদুবু লাইবক থীবনা থবক পুম্নমক অদু মায়িক আসক্তিদগী তৌবা ভাক্কি। মায়িক আসক্তিদু ভগবান্‌গী সেবাদা ওম্থোকপা য়াই, অদুম্না ওম্থোক্লগা অদুম মায়াশক্তিদগী মতোমতা লাম্থোকপা হায়বদু হৌগনি। মরমদুনা ভক্তিযোগগী থোঙদা মুক্তি ফংনবা তৌবনা অতৈ উপায়দগী লায়বা হেন্নী, মরমদি ভগবদ্‌গীতাদা (১২।৫) অব্যক্তদা আসক্ত ওইবদি হেন্না রাই হায়রি ক্লেশোঽধিকতরস্তেষাম্ অব্যক্তাসক্ত-চেতসাম্।

শ্লোক ২

**সর্ব্বাসূনাং চ বায়োশ্চ তন্নাসে পরমায়ণে।**
**অশ্বিনোরোষধীনাং চ ঘ্রাণো মোদপ্রমোদয়োঃ ॥২॥**

সর্ব্ব—পুম্নমক; অসূনাম্—প্রাণবায়ুশিংগী; চ—অমসুং; বায়োঃ—নুংশীৎকী; চ—সু; তৎ—মহাক্কী; নাসে—নাতোন্দা; পরম-আয়ণে—মরু ওইবা লমদমদা; অশ্বিনোঃ—অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই-মাইবগী; ওষধীনাম্—অনা-লায়য়েংবগী হীদাক শেম্নবা উরী রাৱীগী; চ—সু; ঘ্রাণঃ—মহাক্কী মণম লৌনবা শক্তি; মোদ—নুংঙাইবা; প্রমোদয়োঃ—থোইদোকপা শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী নাখূল অনী ঐখোয়গী থরাই হিংনবা সোরশিংগী পোকফম্নি, মহাক্কী মনম্ নম্বগী শক্তিনা অশ্বিনীকুমার লাই অনী অমসুং হীদাক লাংথক শেম্নবা উরীনচিংবা মনা মশীঙ পোকই, অদুগা মাগী সোর হৌনবা শক্তিশিংনা নুংশিবা মনম মখল পুম্নমক পোকয়ি।

শ্লোক ৩

**রূপাণাং তেজসাং চক্ষুর্দিবঃ সূর্য্যস্য চাক্ষিণী।**
**কর্ণৌ দিশাং চ তীর্থানাং শ্রোত্রমাকাশশব্দয়োঃ ॥৩॥**

রূপাণাম্—শক মখল পুম্নমক্কী; তেজসাম্—ঙাল্লিবা পুম্নমক্কী; চক্ষুঃ—মীৎ ময়াম; দিবঃ—লংত্রিক লংবা পুম্নমক্কী; সূর্য্যস্য—সূর্য্যগী (নুমীৎকী); চ—সু; অক্ষিণী—মীৎ; কর্ণৌ—নাকোঙ; দিশাম্—মায়কৈ লোইনমক্কী; চ—অমসুং; তীর্থানাম—বেদ পুম্নমক্কী; শ্রোত্রম্—নাকোঙ; আকাশ—অতিয়া; শব্দয়োঃ—খোন পুম্নমক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মীৎনা শক মখল পুম্নমক্কী থোরকফম্নি, অদুগা মীৎশিংদুনা ইলং-লংঙী অমসুং ঙাল্লি। মাগী মীৎ মতুমশিংনা স্বর্গগী অমসুং সূর্য্যগী পোকফম্নি। মাগী নাকোঙনা মায়কৈ পুম্নমক্কগী তাঙ্গ অদুগা বেদ পুম্নমক্কী মফম্নি, অদুগা মাগী তাননবা ইন্দ্রিয়না অতিয়া অমসুং খোন পুম্নমক্কী থোরকফম্নি।

নৈনরোল

'তীর্থানাম্' হায়বা শব্দগী অর্থদি লাইফম্নি (তীর্থধাম্নি) হাযনস্থ হন্দোকযি, অদুবু শ্রীলজীব গোস্বামীনা বেদগী জ্ঞান লৌববু হায়বনি হাযনা হন্দোকযি। অদুগা বেদগী জ্ঞান পুথোকপা মীবুস্থ 'তীর্থ' হাযনা হন্দোকয়ি।

শ্লোক ৪

**তদ্গাত্রম্ বস্তুসারাণাম্ সৌভগস্য চ ভাজনম্।**
**ত্বগস্য স্পর্শবায়োশ্চ সর্ব্বমেধস্য চৈব হি ॥৪॥**

তৎ—মহাক্কী; গাত্রম্—হকচাঙঃ বস্তু-সারাণাম্—পোৎ-মচিশিংগী, সৌভগস্য—যজবা পুম্বগী; চ—অমস্থং, ভাজনম্—তুঙযম; ত্বক্—উন্সা, অস্য—মহাক্কী, স্পর্শ—শোকপা; বাযোঃ- নুংশীৎকী; চ—স্থ; সর্ব্ব- মখল পুম্বগীঃ মেধস্য—যজ্ঞগী; চ—স্থ, এব—লেপ্পমক, হি—চপ চানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী হকচাঙদি পোৎ-মচঙ পুম্নমক্কী অমস্থং লাইবকফবা খুদিংমক্কী থোরকফম্নি। মাগী উন্সানা স্পর্শ (শোকপা), অমস্থং বাযুগী (নুংশীৎকী) অমস্থং যজ্ঞ পুম্নমক্কী থোরকফম্নি।

নৈনরোল

নুংশীৎনা লোক পুম্নমক্কী লেঙহন্নবা পোৎনি অদুগা মতৌ অদুম্না মতীক-চাবা লোকশিংদা কাননবগী থোরকফম ওইবা মফমশিংনে যজ্ঞশিংনে মাগী হকচাঙ মমায়নি অদুগা মখোযসি যজ্ঞ জাৎশুনা তৌবগীদমক খুদোংচাবা মরম খুদিংমক্কী হৌরকফম্নি।

শ্লোক ৫

**রোমাণ্যুদ্ভিজ্জজাতীনাং যৈর্বা যজ্ঞস্তু সম্ভৃতঃ।**
**কেশ-শ্মশ্রু-নখান্যস্য শিলালোহাভ্র বিদ্যুতাম্ ॥ ৫ ॥**

রোমাণি—হকচাঙগী তুশিং, উদ্ভিজ্জ—লৈপাক মন্নুঙদগী ফাওগৎলগা হৌবকপা পাম্বা; জাতীনাম্ শাগেগী, যৈঃ -মখোযনা; বা—নত্রগা, যজ্ঞ০ -যজ্ঞ, তু—অদুবু, সম্ভৃতঃ—পাঙথোকযি, কেশ—কোক্কী শম, শ্মশ্রু—কোই, নখানি—খুজিল; অস্য—মহাক্কী, শিলা—নুঙ; লোহ—যোৎ, অভ্র—অমঙবা নোং, বিদ্যুতাম্—নোংথাংগী।

মৈতৈলেন্দো হন্দোকপা

মাগী হকচাঙগী তুশিংদি পাম্বীগী থোরকফম্নি, থোইদোক হেন্দোন্না যজ্ঞগী পোৎ মচন ওইবা উপাম্বীশিংগী থোরকফম্নি। মাগী কোক্কী শম অমস্থং কোইশিংদি নোংগী হৌরকফম্নি; মাগী খুজিলশিংদি নোংথাঙগী, নুঙশিংগী অমস্থং য়োৎকী থোরকফম্নি।

নৈনবোল

ভগবান্‌গী শীৎ-নান্‌বা খুজিন্দগী নোংথাঙ থোকয়ি অদুগা মাগী লুশমদা নোং মঙঙী। মরমদুনা ভগবান্‌গী হকচাঙদগী ঐখোয়গী পুন্সিগী অচঙপোৎ পুম্নমক লৌযি, অমস্থং মরমদুনা পোৎথোক খুদিংমক্কী ভগবান্না থোরকফম্নি হায়বসি বেদনা হায়। ভগবান্ থোরকফম পুম্নমক্কী থোরকফম্নি (সর্ব্বকারণকারণম্)।

শ্লোক ৬

**বাহবো লোকপালানাং প্রায়শঃ ক্ষেমকর্ম্মণাম্ ॥৬॥**

বাহবঃ—পাম্বোমশিং; লোকপালানাম্—লোক-ঙাকপা দেবতাশিং; প্রায়শঃ—অয়াম্বা মতমদা; ক্ষেমকর্ম্মণাম্—মীয়াম্বু ঙাক-শেনবশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌গী পাম্বোমশিংদি লৈবাক মীয়াম্বু ঙাকশেল্লিবা লোক ঙাকপশিংগী থোরকফম্নি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মরু ওইবা শ্লোক অসিগী প্রমাণ পীহুনা ভগবদ্গীতাদা (১০।৪১-৪২) ব্যাখ্যা ফজনা মথাদা পল্লিবসিনি :—

> যদ্ যদ্ বিভূতিমৎ সত্ত্বং শ্রীমদূর্জিতমেব বা।
> তৎতদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোংহংশসম্ভবম্॥
> অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন।
> বিষ্টভ্যাহম্ ইদং কৃৎস্নম্ একাংশেন স্থিতো জগৎ॥

থুকন পাঙ্গনবা নিংথৌ, লুচিংবা, লাইরীক হৈবা পণ্ডিত, বৈজ্ঞানিক, কালাকার, ইঞ্জিনিয়র, পোৎনৌ পুথোকপা, লৈতৌবা পোৎথিবা, অরিবা থিবা, পোৎশাবা, লৈঙাক্লোন হৈবা, শেনব থম্বা হৈবা, লল্লোন-ইতিকপা কয়া কয়া লৈ, অদুগী মথক্তা ব্রহ্মাণ্ড-ঙাকশেনবা ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্র, চন্দ্র, (থা), সূর্য্য (নুমীৎ), বরুণ, (রাঙত্রেন) অমসুং মরুৎ (নুংশীৎ লাই) হায়বা শক্তিচেনবা দেবতা কযামসু লৈ। দেবতাশিংসে পরমেশ্বর ভগবান্‌গী অংশ কালা ঙাক্তনি। মখোয় মখোয়গী নীঙবা মতুং ইন্না অনেম অরাঙ নাইনা থম্বিরিবা জীব পুম্নমক্কী মপানি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা। মথক্তা হাযখিবগুম্না মখোয় খবদি ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী থোইদোকপা শক্তি পাযহল্লি। বুদ্ধি-তাবা মীপুম খুদিংনা খঙদনা য়াদবদি জীবনা লক্ষা শক্তিমান্ ওইরবসু মহাক অদ্বয় (অনী শুদবা) নৎত্রগা স্বতন্ত্র (মনীঙ-তম্না) নত্তে হায়রবসিনি। জীব খুদিংমক্তা মহাক্কী থোইদোকপা শক্তিদুগী হৌরকপদি নৈনবিবা শ্লোকসিদা পল্লিবা অদুনি হায়না য়াগদবনি। হায়রিবা অসিগী মতুং ইন্না মখোয়না চৎলবদি, মখোয় মখোযগী বর্ণ-আশ্রমগী মথৌদুদা পাঙথোক্লগা নিত্য জীবন্ পূর্ণ (মপুঙ-ফাবা) জ্ঞান অমসুং লোই-থম্বা নাইদবা ঈশ্বরগী বরনচিংবা য়াওবা খ্বাইদগী রাংবা পুন্সিগী সিদ্ধি (মহৈ-যানবা) হায়বদু মখোযনা শোযদনা ফংগনি। পৃথিবীগী শক্তি চেনবা মীশিংনা মখোয় মখোয়গী শক্তিগী হৌরকফমদি পরমেশ্বর ভগবাননা ওইরিবনি হায়বসি লৌরবদি মায়াগী থবক ময়ামদু অদুম চৎথগনি। মায়ানা তৌবা থবক্তি অসুম তৌই মতুদি শক্তি পাযবা মী অমবু মাযানা শেরাম্ননা পুরগা মীহুনা মশাবু শেরাম্ননা পুনশুপ শুপ্পনি হাযনা খঞ্জে অদুগা কৃষ্ণভাবনা তৌদে। মতৌ অসুম তৌথিবা মরম্না অহঙ্কারগী (ঐহাক অমদি ঐগী হায়বা) ওইদবা রাখল অমা জগৎসিদা পোক্লবক্লিবনি। অদুগা মীওইবশিংগী সমাজদা হিংননবা লাল অমা কন্না শোক্লরকই। মবমদুনা বুদ্ধি লৈবা অখঙবা মীশিংদি ভগবানবু শক্তি পুম্বগী থোরকফমগী থোরকফম্নি হায়না লৌই অদুনা মহাক্কা শক্তি পীনবীবগীদমক ভগবানবু থাগৎলি। ভগবানবু পোৎ খুদিংমক্কী মপু মকোক্নি হায়না লৌবতনা ঐখোয়না পুন্সিগী মহৈ য়ানবদা পুঙহেন হেনগনি, মরমদি ভগবাননা পোৎকী মপু মকোক ওইবনিনা। সমাজনা মী অমবু থম্নীঙবা অমা খল্লবসু ভগবাননা মাবু নুংশিবগুম মহাক্কা ভগবানবু নুংশিরবদি অদুগা ভগবান্‌না পীবিবা খরদুনা পেনজরবদি মহাক্কা মপোক মপোক্তা ফংগে হায়না তাম্নজরক্লিবা পুঙহেন হেনবা শান্তি হায়বদু শোয়দনা ফংগনি। পুক্লীংগী শান্তি হায়বদি পুক্লীং লৈতাবা হায়বদুদি পুক্লীংনা ভগবানবু ভক্তি তৌরবদদা যংগনি। লল্লোনবা অচৌবা অমনা মচাশিংদা লল্লোনবগী থবক য়েংশনবগী শক্তি য়েম্বোকপগুম ভগবানগী

অংশ-কলাশিংদসু ভগবান্দা সেবা তৌবগীদমক বিশেষ শক্তি অহু ভগবাল্লা পীবিখি। হায়বা ইনবা মচানা মপাগী নীঙবা খক কায়হন্দে মরমহুনা য়ুমুয়েন ওইবা মপাহুগা মত তিন্নৈনা মহাশাস্ত্রিদা পুন্সি লেল্লী। মতৌ অহুন্না, ভগবান্না জীবগী মপা হায়বহু ওইবমিনা জীবশিংনা থাজনঙাই মচাগুম্না ভগবান্না নীঙবা খুংনা মথৌ মথৌহু মপুঙ ফানা পাঙথোকক্ষম থোকই। পুকচেল মতাসিতনা থীজবমখৈ মীওইবা সমাজগী শান্তি অমসুং উন্নতি পুরক্কনি।

শ্লোক ৭

**বিক্রমো ভূঃভুবঃ স্বশ্চ ক্ষেমস্য শরণস্য চ।**
**সর্ব্বকামবরস্যাপি হরেশ্চরণ আস্পদম্॥৭॥**

বিক্রমঃ—খোঙথাঙ; ভূঃভুবঃ—ভূঃভুবনচিংবা লোকশিংগী; স্বঃ—স্বর্গগী; চ—সু; ক্ষেমস্ত—ঐখোয়গী লৈজবা পূন্নমকপু ঙাকশেন্নবগী; শরণস্য—চঙজবগী; চ—সু; সর্ব্বকাম—অপাম্বা পূন্নমক; বরস্য—বর পূন্নমক্কী; অপি—সু; হরেঃ—হরিগী; চরণঃ—খোঙ; আস্পদম্—চঙজফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ অহুগী খোঙনা ভূঃ ভুবঃ অমসুং স্বর্গগী আশ্রয়নি। হরি অহুগী চরণদি কল্যাণগী হায়বদি অফংবা পোৎপু ঙাকশেনবা, অমসুং চঙজবা হায়বদি অকিবদগী ঙাকশেন্বা, অহুগা অপাম্বা পূন্নমক্কী অমসুং বরগী আশ্রয়নি।

নৈনরোল

অকিবা পূন্নমক্তগী কনবিনবগীদমক অমসুং ঐখোয়গী চঙগদবা পোৎলম পূন্নমক্কীদমক ভগবানগী চরণখাদা চঙজফম থোকয়ি, চঙজবসি ভূলোকসিদদা নত্তে থক্কী খাগী লোক পূন্নমক্তসু চঙজগদৌবনি। অসুন্না ভগবানগী চরণ-খাদা পুঙঙা ঙাবা হায়বসিবু বিশুদ্ধ ভক্তি কৌয়ি, মহুমক্কী ইঙ্গিত তশেংনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা তৌরিবনি। রাক্ষসি কনামতনা চিংনক্ষম থোক্তে, অহুগা কনামতনা অতৈ দেবতাশিংগী মতেঙ লৌফদে মবনদি দেবতাশিংহু ভগবান্তগী মপান্ তাংভি। ভগবান্ মহামক নত্তনা লোইনমক ভগবানগী কৃপা ঙায়বা ঙাক্তনি। সর্ব্বব্যাপী ওইবা পরমাত্মা ফাওবা পরমেশ্বর ভগবানগী মখা পোল্লিবনি।

শ্লোক ৮

**অপাং বীর্য্যস্য সর্গস্য পর্জ্জন্যস্য প্রজাপতেঃ।**
**পুংসঃ শিশ্ন উপস্থস্ত প্রজাত্যানন্দ নির্বৃতেঃ ॥ ৮ ॥**

অপাম—ঈশীংগী; বীর্য্যস্য—ফম্বীগী; সর্গস্য—প্রজা সৃষ্টিগী (মীবু পোকপগী); পর্জ্জন্যস্য—চুথরকপা নোংগী; প্রজাপতেঃ—দক্ষনচিংবগী; পুংসঃ—ভগবান্গী; শিশ্নঃ—অথীফম; উপস্থঃ তু—অথীফম পান্ফম; প্রজাপতি—অঙাঙ পোকপনা মরম ওইহুনা; আনন্দ—নুংঙাইবা; নির্বৃতেঃ—মরম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী শিশ্নদগী ঈশীং, ফম্বী, সৃষ্টি, চুথরকপা নোং, অমসুং প্রজাপতি (অপোকপা) থোরকপনি। মাগী উপস্থ (অথীফম পাল্লিবা মফম) অহু অঙাঙ পোকপগী সম্ভোগ তৌবনা পোকপগী মৈচাক অরাবহু কোক্কুনা নুংঙাইবগী মরম্নি।

নৈনরোল

শিশ্ন হায়বা ইন্দ্রিয় অমসুং অঙাঙ পোক্কবা তৌবদা নুংঙাইবা তৌবহুনা ইমুংগী পোৎলুম থেংনবগী অরাবহু কোকহল্লী। অঙাঙ পোক্কবা ইন্দ্রিয়দা (অথীফমদা) নুংঙাইবা ফংনবা পোৎতা অমা তৈহুনা ভগবান্গী কৃপাদগী য়াওরমত্রবদি মী খুদিংমক অঙাঙ পোক্কে হায়রম্মোই। পোৎতাসিনা কয়ামুক য়েনা

মুংঙাইহন্নবগে হায়ববু ইমুংগী মীশীঙ হেন্নগৎপগী পোৎলুম পুবগী অবাবদু কোকজনী। মুংঙাইহন্নবা পোত্তা অসিনা মী অমবু কয়ামুক শুমহৎপগে হায়ববু মহাক অঙাঙ অমা পোক্লগা পেম্মোকপা ঙমদে। মহাক্না পাদোঙনবগী মুংঙাইনীংবা মরমগীদমক চায়াম পোকপগী অয়াবা থেংনরমদু থেংনবা হায়দুঙাই হায়দুনা তোয়না পাদোঙনদুনা অঙাঙ মগীঙ হেক্লৎহল্লি। মুংঙাইহন্নবা পোৎমিদি ব্যর্থ (অরেম্বদদগী লাকপা) নত্তে, মরমদি মসি ভগবান্গী চিন্ময় দেহদগী থোরকপনি। অমরোমদা হায়রগা মুংঙাইহন্নবা পোত্তাসিদি মাঙফদবা (সৎ ওইবা) পোত্তা অমনি, অদুবু মসি মায়াগা শম্নবদগী মাঙনবা মশক অমা লৌথিবনি। মরমসিনা পাদোঙনবগী পুন্সিসে মায়া জগৎসিদা তঙাইফদবা চাংদাদগী হেন্গৎতনবা হোৎনবা তাই। মায়িক জগৎসিদা অঙাঙ পোকপগী তঙাই ফদবা হায়বদু লৈ, অদুবু অঙাঙ পোকপসিদি আধ্যাত্মিক মায়কৈগী দায়িত্বগা লোয়নননা পোকপনা চুমী। সংসারসিদদি মীওইবা ওইনা পোকপা জীবতনা পুন্সিগী আধ্যাত্মিক ওইবা মমলদু ফংবা ঙম্মী, অদুনা মীওইবনা ইমুংগী মীশীঙ লেপ্পগী থবক পায়থৎপদা আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈ য়েংদুনা পায়গদবনি, অতৈ মওংদা পায়গদবা নত্তে। পাদোঙনরগা মীরোলহন্দনবা খুৎলাই শীজন্নবদি মায়ানা মোৎহন্নবগী মওং অচৌবা অমনি। সংসারীশিংনা আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈ খঙদবা মরম্মা খুৎশেম পাম্বৈনা অঙাঙ পোক্কনবা হোৎনরগা পাদোঙনবগী মুংঙাইবদুদি মপুঙফানা ফংগে হায়বনি। আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈসি খঙবা লৈতনা বুদ্ধি রাংপা মীতানা পাদোঙনরগা মুংঙাইবদুদা পামজৈ।

শ্লোক ৯

**পায়ুর্যমস্য মিত্রস্য পরিমোক্ষস্য নারদ।**
**হিংসায়া নির্ঋতের্মৃত্যোর্নিরয়স্য গুদঃ স্মৃতঃ ॥ ৯ ॥**

পায়ুঃ—অমাংথোঙ; যমস্য—যমরাজগী; মিত্রস্য—মিত্রদেবগী; পরিমোক্ষস্য—অমাংবা থোবকযমগী; নারদ—হে নারদ মুনি; হিংসায়াঃ—কলক য়েংথীবগী; নির্ঋতেঃ—অলক্ষ্মীগী (লনথুম মাঙহন্নবা লাইরেম্বীগী); মৃত্যোঃ—মৃত্যুগী (শিবগী); নিরয়স্য—নরকগী; গুদঃ—অমাংথোঙ; স্মৃতঃ—খঙনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, ভগবান্গী বিরাট-রূপ অদুগী অমাংথোঙদো যমগী, মিত্রগী অমসুং অমাঙবা থোরকযমগী লৈকম্মি, অদুগা মাগী অমাংথোঙদু হিংসাগী, অলক্ষ্মীগী মৃত্যুগী অমসুং নরক কোননগীসু লৈযম্মি।

শ্লোক ১০

**পরাভূতেরধর্মস্য তমসশ্চাপি পশ্চিমঃ।**
**নাড্যো নদনদীনাং চ গোত্রাণামস্থিসংহতিঃ ॥ ১০ ॥**

পরাভূতেঃ—মায়থীদুনা আশা-কায়বগী; অধর্মস্য—অধর্মগী; তমসঃ—অমম্বগী; চ—অমসুং; অপি—সু; পশ্চিমঃ—তুং, মনীঙ; নাড্যঃ—শিংলীশিং; নদ—অচৌবা তুরেলগী; নদীনাম্—তুরেল-মচাশিংগী; চ—সু; গোত্রাণাম্—চীঙজাওশিংগী; অস্থিঃ—শরুশিং; সংহতিঃ—মপে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী তুংনা (নম্গন্না) মায়থীবা (নীঙবা কায়বা) পুম্মকী, অধর্মগী নত্ত-নত্তবা শাজংকী, অমম্বগী মফম্মি। মাগী শিংলীদগী তুরেল অচৌবা অমদি মচাশিং চেম্ম্রকয়ি অদুগা মাগী শরুশিংগী মথক্তা অচৌবা চীঙজাওশিংসি লৈরিবনি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবানবু নির্ব্বিশেষনি (মওং নাইদবনি) হায়বা রাখল অমু রেংননবা হায়রুনা ভগবানগী চিন্ময় দেহগী কায়াং ময়ামমু মাচা খায়না মফমসিদা উৎলি। ভগবানগী দেহগী অফওবা বর্ণমা (বিরাট-রূপ) অসিদগী তশেংনা খণ্ডবদি ভগবানগী রূপসে মর্ত্যগী মীয়ামা খন্নরিবা রূপশিংদগী তোঙান্নি হায়রবসিনি। অমবু ওইরবমু অমবু ওইরবমু মহাক নিরাকার শূন্য হায়বমুদি নত্তে। অমম্বা (তমঃ) হায়রবমুনা ভগবানগী নঙগম্মি, মরমসিনা বুদ্ধি-রাৎপা মীতাশিংগী অমম্বা (খঙদবা) হায়বমুমু ভগবানগী দেহদগী তোঙান্বা পোৎ নত্তে। মহাক্কী দেহদি লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কা তিন্নগা ওইবা মপুঙ-ফাবা মপুন্নিনা মহাকপু নির্ব্বিশেষ ওইবতনি হায়বা কনামতনা ওম্মোই। অমুগী মহুত্তা, ভগবানগী তেক্ত-কায়দবা মপুঙ-ফাবা রূপ-বর্ণনাসিনা তাকপদি মহাক মতম অমত্তদা নিরাকার অমসুং সাকার ওই। পরমেশ্বর ভগবান আকার-নাইবসিনা ভগবানগী মূল রূপ অমুনি অমুগা মাগী নিরাকার রূপ-নি হায়রিবমুদি মহাক্কী চিন্ময়দেহদগী হুন্দোরকপা মঙাল্লি। ভগবানবু মাঙলোমদগী উবা ফংলিবা লাইবক ফবা মীতানা ভগবানগী সাকার রূপ অমু উপলব্ধি তৌয়ি, অমুগা মায়থীবা-ফংবা (নীঙবা-কায়বা) অমদি ভগবানগী অমম্বা মায়কৈরোমদা লৈরবা মীতাশিংনা হায়বদি ভগবানগী নঙগন্দমক তুংলোমদগী উবা মীতাশিংনা মহাকপু নিরাকার ওইনা উপলব্ধি তৌয়ি।

শ্লোক ১১

**অব্যক্তরসসিন্ধুনাং ভূতানাং নিধনস্য চ।**
**উদরং বিদিতং পুংসো হৃদয়ং মনসঃ পদম্ ॥ ১১॥**

অব্যক্ত - শক-ফোঙদবা, রসসিন্ধুনাম্—সমুদ্র অমসুং মহাসমুদ্রশিং; ভূতানাম্—সংসারদা পোকপা জীবশিংগী, নিধনস্য—শিননবগী; চ—সু, উদরম্—পুক্; বিদিতম্—বুদ্ধি-লৈবশিংনা খঙনরবা; পুংসঃ—ভগবানগী, হৃদযম—থম্মোই, মনসঃ—পুক্নিঙগী (সূক্ষ্ম শরীরগী); পদম্—মফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিরাট পুরুষ অমুগী পুক (উদর) অমু প্রধান (অব্যক্ত), চীনজারুচিংবা রস, সমুদ্র অমদি জীবশিংগী (ভূতশিংগী) অমসুং মখোযগী লয় (তুম্বা) ওইবগী মফম্নি। মহাক্কী থম্মোইনা অস্মদ-নচিংবা (ঐখোয হায়বনচিংবা) লিঙ্গশরীরগী মফম্নি।

নৈনরোল

মীওইবগী হিসাব মপা পারগা ব্রহ্মাগী দিন (অয়ুক-মুংথিল) অমনা চতুর্যুগ—লীশীঙ অমনি (৪,৩০০,০০০ চহী নি) অমুগা মাগী রাত্রি (মুংদাং) অমনা ওইরিবমু দিনগীসিগা মতম চপ মান্নে হায়রবসি ভগবদগীতাদা হায়রি (৮।১৭—১৮)। অসিগুম্বা দিব-রাত্রিনা শাবা চহী চামা ব্রহ্মানা হিংলগা অমুক শি। ব্রহ্মাদি ভগবানগী ভক্তনিনা অসুম্না শিরবা মতুঙদা অরান্-খুভম ফংঙী। বিশ্বজগৎ (ব্রহ্মাণ্ড কৌবা হায়রবদি কাঙক্রুম-মান্বা কোয়রোককোয়বা ব্রহ্মাগী মখা পোন্বা লমদম) অসিগী প্রলয় মতৌ অসুম্না ওই। মতৌ অমুম্না লোক অমমমদা লৈবা জীবশিং নত্রগা ব্রহ্মাণ্ড অপুনবদা লৈবা জীবশিংবু প্রলয় তৌয়ি। শ্লোকসিদা য়াওরিবা 'অব্যক্ত' শব্দসিগী অর্থদি ব্রহ্মাগী অহিংবু হায়বনি, অহিংসিদা খণ্ডপ্রলয় তৌয়ি অমুগা হায়রিবা লোক অমুদা লৈবা জীবশিং অমুদগী হোৎনা ব্রহ্মলোক কাওবদা লৈবা জীবশিংনা, মহাসমুদ্রশিংগা লোয়ননা বিরাট পুরুষগী পুক্‌ংদা (উদরদা) তুওহনা লৈ। ব্রহ্মাগী অহিং লোইরগা সৃষ্টি হৌয়ি, অমুগা বিরাট পুরুষগী উদরদা লৈবা জীবশিংবু তুমমবদগী হোৌদোক্লকপদোনা মখোয় মখোয়গী

ভূমিকা পাণ্ডথোক্লবা থাদোক্লকয়ি। জীবশিংবু মাঙহন্‌বা লৈতবনিনা ব্রহ্মাণ্ডগী প্রলয়দা জিবশিংগী প্রলয় ওইহন্দে; অদুবু মুক্তি (অয়ানখুবম্) হংঙ্গ্রিণৈগী মমাঙদা জীব অমসুং দেহ অমা নত্রগা অমা হল্লা হল্লা লৌহুনা লৈ। মীওইবগী পুক্নিসে হল্লা হল্লা পোকুনা হকচাঙ হোংবসি তোক্লবা উপায় লৌনলবগীদমক্তি, অদুম ত্তোরগা সচ্চিদানন্দময় বৈকুণ্ঠ আকাশ মফম অমা ফংননবগীদমক্তি। অমরোমদা হায়রগা জীবশিংগী লিঙ্গশরীরশিং পরম পুরুষগী হৃদয়-মুংদা লৈ, অদুগা অসিগুম্বা লিঙ্গশরীরশিংদুনা সৃষ্টিগী মতমদা মওংনাইবা শক্তম্ লৌয়ি।

শ্লোক ১২

**ধর্ম্মস্য মম তুভ্যং চ কুমারাণাং ভবস্য চ।**
**বিজ্ঞানস্য চ সত্বস্য পরস্যাত্মা পরায়ণম্ ॥ ১২ ॥**

ধর্ম্মস্য—ধর্ম্মগী নত্রগা যমরাজগী; মম—ঐগী; তুভ্যম্—নহাক্কী; চ—অমসুং; কুমারাণাম্—কুমার মরিগী; ভবস্য—শিব মহাদেবগী; চ—অমসুং; বিজ্ঞানস্য—বুদ্ধিগী (দিব্যজ্ঞানগী); চ—অমসুং; সত্বস্য—চিত্তগী, সত্তাগী; পরস্য—পরমপুরুষগী; আত্মা—চিত্ত; পরায়ণম্—অথোইবা লম্বী (আশ্রয়)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

পুরুষদুগী চিত্তমুংদু ধর্ম্মগী, ঐগী, নঙগী (নারদগী), শিব রুদ্রগী অমসুং সনক, সনাতন, সনৎ কুমার অদুগা সনন্দন হায়বা কুমার মরিগী মফম্নি। থম্মোইদু বিজ্ঞান অমসুং সত্তাগীসু মফম্নি।

শ্লোক ১৩—১৬

**অহং ভবান্ ভবশ্চৈব ত ইমে মুনয়োঽগ্রজাঃ।**
**সুরাসুরনরা নাগাঃ খগাঃ মৃগসরীসৃপাঃ ॥ ১৩ ॥**
**গন্ধর্বাপ্সরসো যক্ষা রক্ষোভূতগণোরগাঃ।**
**পশবঃ পিতরঃ সিদ্ধা বিদ্যাধ্রাশ্চারণা দ্রুমাঃ ॥ ১৪ ॥**
**অন্যে চ বিবিধা জীবা জলস্থলনভৌকসঃ।**
**গ্রহর্ক্ষকেতবস্তারাস্তড়িতঃ স্তনয়িত্নবঃ ॥ ১৫ ॥**
**সর্ব্বং পুরুষ এবেদং ভূতং ভব্যং ভবচ্চ যৎ।**
**তেনেদমাবৃতং বিশ্বং বিতস্তিমধিতিষ্ঠতি ॥ ১৬ ॥**

অহম্—ঐ; ভবান্—অদোম; ভবঃ—ভগবান্ শিব; চ—সু; এব—লেপ্পমক, তে—মখোয়; ইমে—মখোয়; মুনয়ঃ—মুনিশিং; অগ্রজাঃ—নঙগী নমাঙদা পোকখিবশিং; সুর—দেবতাশিং (লাইয়াম); অসুর—হিংচাবশিং; নরাঃ—মীওইবশিং; নাগাঃ—নাগালোকদা লৈবশিং; খগাঃ—উচেকশিং; মৃগ—শাশিং; সরীসৃপাঃ—পুক্ল-শীৎলগা চৎপা জীবশিং; গন্ধর্ব-অপ্সরসঃ, যক্ষঃ, রক্ষ-ভূতগণ-উরগাঃ, পশবঃ, পিতরঃ, সিদ্ধাঃ, বিদ্যাধ্রাঃ, চারণাঃ—লোক মথল মথাদা লৈবশিংগী; দ্রুমাঃ—উপাম্বীশিং; অন্যে—অতৈ অতৈনি চ—সু; বিবিধাঃ—মথল মথাগী; জীবাঃ—জীবশিং; জল—ঈশিং; স্থল—কংফাল; নভ-ওকসঃ—অতিয়াদা লৈবশিং হায়বদি উচেকশিং; গ্রহ—গ্রহ; ঋক্ষ—মতীক-লৈবা থবান্নচাকশিং; কেতবঃ—ধুমকেতুশিং; তারাঃ—থবান্নচাকশিং; তড়িতঃ—নোংথাঙশিং; স্তনয়িত্নবঃ—নোংখোঙবগী মথোন্; সর্ব্বম্—লোইনম্ক; পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; এব ইদম্—লোইনমকসি; ভূতম্—লৈরিবা; ভব্যম্—তুংদা ওইরকদবা; ভবৎ—হান্নদগী লৈরবা; চ—সু; যৎ—মদু; তেন ইদম্—মসিপুম্বা মহাক্না; আবৃতম্—কুপ্পী; বিশ্বম্—বিশ্বতাইবং; বিতস্তিন্—খুদুপ-তংখাই; অধিতিষ্ঠতি—লৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐ, মহাক, রুদ্র, সনকনচিংবা মথক্কী অহল্লশিং, সুরশিং, অসুরশিং, মীওইবশিং, নাগশিং, উচেকশিং, শাশিং, পুক্না শীংপশিং, অপ্সরাশিং, যক্ষশিং, হিংচাবশিং, (রাক্ষসশিং), ভূতশিং, উরগশিং, পশুশিং, পিতৃশিং, সিদ্ধশিং, বিদ্যাধর অমসুং চারণশিং, উপাস্বীশিং, ঈশীং-কংকাল-অতিয়াদা লৈবশিং অমসুং গ্রহ নক্ষত্র (থবান্নচাক), ধুমকেতু (শন্দাইশেল), নোংথাঙ (অত্তিত), নোংখোঙবগী মখোন, ভূত (হৌখ্রবা), ভবিষ্যৎ (তুংদা লাকরবা) অমসুং বর্তমান্ (হৌজিক ওইরিবা) পুম্নমক পুরুষ মহাক্কি হায়বদি মঙোন্দগী তোঙানবা অমত্তা নত্তে। মহাক খুত্থুপ-মথায় অমতং পাকপা মফমদা লৈরগা বিশ্বসিবু কুপ্পু না লৈরিবনি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী ইক্কি মাপন্দমক পাকৃচাওরবা পরমাত্মা হায়বা শরুক মচেংতুনা মাগী অন্তরঙ্গা শক্তি শীজিন্নহুনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মওংদা পাক-শন্নী; বিশ্বসিদা অচৎ-চত্ত পোৎ খুদিংমক লৈ। উরিবা লেংলিপাব্রিবা পুম্নমকসি সনানা শাবা লীক্-কোন্ ময়ামগা সনাগা খেন্নদবগুম্না ভগবান্গা খেন্নদে। অমরোমদা হায়রগা ভগবান্দি পরমপুরুষনি, মহাক্না সৃষ্টিদা লৈরিবা পুম্নমক অসি খুত্থম চল্লিবনি, অত্থুমত্তন্দা মহাক্তি প্রাকৃত সৃষ্টিগী রাংমদা লন্নাই তোপ তোপ্পাবা পরমস্বরূপ ওইনা লৈ। মরমত্থুনা ভগবদ্গীতাদা (৯।৪-৫) মহাকপু যোগেশ্বরনি হায়। লোইনমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিগী শক্তিদা ভাত্থুনা লৈ, অত্থমকপু মহাক মখোয় পুম্বগী রাংমদা লৈত্থুনা মখোয়গা খেন্নৈ। রাকমসি বেদগী ঋক্‌মন্ত্রগী পুরুষসূক্তদা য়াওরি। মতম অমতদা ভেদ-অভেদ (খেনস্নু খেন্নৈ অত্থুগা অমতস্নুনি) দর্শনতত্ত্বসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুথোক্লুশনি, অত্থুগা তত্ত্বসিবু অচিন্ত্য ভেদাভেদতত্ত্ব হায়না থঙনৈ। ব্রহ্মা, নারদ অমসুং অতৈ পুম্নমক মতম অমতদা পরমেশ্বর ভগবান্গা অমতস্নু ওই অত্থুগা খেনস্নু খেন্নৈ। ঐখোয় লোয়নমক ভগবান্গা অমতনি, মত্থুদি শনানা শাবা লৈতেংশিংত্থু মগুণ য়েংলুরগদি পৈত্থুনা খন্নিবা সনাগা অমতনি অত্থুগা য়াম্বা চাংদাগী হায়রুবদি খেন্নৈ। পৈরিবা লৈবা সনাদি কদৌঙৈদস্নু লোয়বা নাইদে, মত্থুদগী সনাগী লীক্-কোন কোঙ্গায়মা থোকপ্রবস্নু, মরমদি সনা মপৈত্থুদি 'পূর্ণম্-নি' হায়বদি মপুঙ-ফাবনি; পূর্ণম্ পূর্ণম্দগী থাইদোক-লবস্নু মপুঙ-ওইবা পূর্ণম্ অত্থু অত্থুম্ পূর্ণম্ ওইত্থুনা লৈহৌয়ি। রাকমসি ঐখোয়গী মপুঙ-ফাদবা ইন্দ্রিয়-শিংনা খঙ্গবদা য়োবা ঙমদে (অচিন্ত্য-নি)। মরমত্থুনা ভগবান্ চৈতন্যনা মহাক্কী দর্শন-বাদ অসিবু অচিন্ত্যনি হায়বদি রাখন্না য়োবা ঙমদবনি; ভগবদ্গীতা অমদি ভগবান্ চৈতন্যগী অচিন্ত্যভেদাভেদ তত্ত্ব হায়বা বাদসি অদ্বয়তত্ত্বগী শোইনাইদবা দর্শন-বাদনি।

শ্লোক ১৭

**স্বধিষ্ণ্যং প্রতপন্ প্রাণো বহিশ্চ প্রতপত্যসৌ।**
**এবং বিরাজং প্রতপংস্তপত্যন্তর্বহিঃ পুমান্॥ ১৭॥**

স্ব-ধিষ্ণ্যম্—ভাম্বোরকপা; প্রতপন্—কোঙদোরক্লুনা; প্রাণঃ—থরাই; বহিঃ—মপাম্বোংদা; চ—অমসুং; প্রতপতি—ভারি; অসৌ—সুমীৎ (অদিত্য); এবম্—মতৌ অম্না; বিরাজম্—বিরাট রূপ; প্রতপন্—ভাম্বোক্লুনা; তপতি—ফোঙদোকয়ি; অন্তঃ—মনুং; বহিঃ—মপাম্বোং; পুমান্—পরমপুরুষ ভগবান্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুমীৎনা (আদিত্যনা) মঙান্ হন্দোরক্লুনা মনুং-মপান্ অনীমক ভালহনবগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী বিরাটরূপ অত্থু প্রকাশ তৌত্থুনা সৃষ্টিগী মনুং-মপান্দা লৈরিবা অচৎ-চত্ত পোৎ পুম্নমক্তা মতীঙ-ময়ায় শন্দোকয়ি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী বিরাটরূপ, নত্রগা ভগবান্‌গী নির্ব্বিশেষ ওইবা শকুম্ ব্রহ্মজ্যোতি হায়না খঙনরিবচু মফমসিদা শেংনা তাক্লী অদুগা মুমীংকী ছন্দোরকপা মঙানগা পাংথক্লি হায়রি। মুংশ্বানা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক থুংনা সরা শনবা য়াই, অদুবু মুংশাগী থোরককম মুমীং (সূর্যালোক নত্রগা সূর্য্যনারায়ণ) হায়না খঙনবা দেবতাদগী মঙান্দু ছন্দোরকপনি। মতৌ অদুগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতি হায়বা মঙান্দুগী নংত্রগা ভগবান্‌গী নির্ব্বিশেষ ওইবা শকুম্ অদুগী থোরকফম্লি। খাফমসি ভগবদ্গীতানসু হায়রিবনি (১৪/২৭)। মরমসিনা ভগবান্‌গী বিরাট রূপ অসিদি ভগবান্‌গী নির্ব্বিশেষ রূপ-তি গৌণরূপনি অদুগা মুখ্য রূপ অদুদি থুং-অনী পাম্বোম-অনি-পান্‌বা নিত্য-বংশীধর শ্যামসুন্দরনি। ভগবান্‌গী ব্রহ্মজ্যোতিগী শরুক মরিগী অদুমদি পরব্যোমদা (বৈকুণ্ঠ-আকাশদা) ঙাল্লী (ত্রিপাদ-বিভূতি), অদুগা শরুক অমনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা কুম্লী। খাফমসিসু ভগবদ্গীতাদা য়াওরি (১০/৪২)। অসুম্না মহাক্কী ছন্দোরকপা মঙান্‌গী শরুক অদুম অসিবু ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গা শক্তি কৌয়ি অদুগা শরুক অমদুবুনা বহিরঙ্গা শক্তি কৌয়ি। প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত প্রকাশ অনীমক্তা লৈবা জীবশিংদু ভগবান্‌গী তটস্থা শক্তি কৌয়ি; প্রাকৃত লমদবু লৈগে নংত্রগা অপ্রাকৃত লমদবু লৈগে হায়বচু জীবশিংগী মনিঙনি। ভগবান্‌গী অপ্রাকৃত লমদা লৈবা জীববু মুক্ত-আত্মা কৌয়ি অদুগা প্রাকৃত লমদা লৈববুনা মায়াবদ্ধ জীবাত্মা কৌয়ি। অন্তরঙ্গা প্রকাশদা লৈরিবা জীবশিংগা বহিরঙ্গা প্রকাশদা লৈবা জীবশিংগা চাংদমম্রগা অন্তরঙ্গা শক্তিদা লৈবা মুক্তাত্মাগী মশীংনা বহিরঙ্গা শক্তিদা লৈবা মায়াবদ্ধ জীবাত্মাগী মশীংদগী য়াম্না হেল্লী হায়বসি ঐখোয়না ইলায়-লায়না হায়বা ঙম্মী।

শ্লোক ১৮

**সোঽমৃতস্যাভয়স্যেশো মর্ত্যমন্নং যদত্যগাৎ।**
**মহিমৈষ ততো ব্রহ্মন্ পুরুষস্য দুরত্যয়ঃ ॥১৮॥**

সঃ—মহাক (ভগবান্); অমৃতস্য—শিব-নাইদবগী; অভয়স্য—কিবা নাইদবগী; ঈশঃ—মপু; মর্ত্যম শিব-নাইবা; অন্নম—তৌজমল (কর্ম্মফল); যৎ—মহাক; অত্যগাৎ—লাম্বোক্লে; মহিমা—মতৌক মঙান; এষঃ—মহাক্কী; ততঃ—মরমদুনা; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ নারদ, পুরুষস্য—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী; দুরত্যয়ঃ ঙমখৈনাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর অদুদি অমৃতগী অমসুং অভয়গী মপুনি; অদুনা মহাক শিব-নাইবা জগৎকী বিষয়গী মুংঙাইবগী বাংমদনি। হে নারদ, হে ব্রাহ্মণ, পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মতৌক-মঙান্দি ঙমখৈ লাকপা রাবনি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শরুক মরি থোকপগী অদুমগী লমদাঙদা ওইরিবা মহাক্কী মহিমাদু পদ্ম পুরাণ-দা (উত্তরাখণ্ডদা) য়াওরি। ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শরুক অদুম কোম্না লৈরিবা বৈকুণ্ঠ-আকাশগী লোকশিংগী মশীংঙদি মাগী বহিরঙ্গা শক্তিগী মনুঙদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম পুম্বগী লোকশিংগী মশীংদগী য়াম্না য়াম্না হেল্লী হায়না পদ্মপুরাণ অদুদা হায়রি। চৈতন্যচরিতামৃতদা ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা শক্তিনুংদা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম পুল্লপ অদুবু হঙাম মরু বালতি অমগুম্বগা মান্নে হায়। হঙাম মরু অমমম্না ব্রহ্মাণ্ড অমমম্নি হায়না লৌয়ি। ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসিগী মনুঙদা য়াওবা ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিদা লৈরিবা লোক ময়ামদুগী মশীংঙদি মীওইবগী শক্তিনা থীবা ঙম্বা নত্তে, অদুনদি ঐখোয়না করম্না হঙাম মরু বালতি

অমগা চাংদম্নরিবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী লোকশিংগী মশীঙ কয়ানো হায়না লাকপা ঙম্মগনি? বৈকুণ্ঠ-আকাশদা লৈরিবা লোকশিংদি প্রাকৃত আকাশদা লৈরিবা লোকশিংগী মশীঙগী য়ামত্রবদা শরুক অহুম হেন্‌গনি। অসিগুম্বা লোকশিংদি চিন্ময় ওইবা মরম্না প্রাকৃত গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি; মরমহুনা মখোয়দি বিশুদ্ধ সত্ত্বগুণনা শাবনি। ব্রহ্মানন্দ (ব্রহ্মদা তিল্লগা ফংবা নুংঙাইবা) হায়বহু হায়রিবা লোকশিং অহুদা ঙাক ফংঙী। মখোয় খুদিংমক নিত্যনি, মাঙ-তাকপা-নাইদবনি অহুগা প্রাকৃত জগৎকী ঙাওরমচৎ পুম্নমক্কগী লাম্বোক্লবা ওাক্লি। মখোয় খুদিংমক মছা মথক্তনা ঙানজবা জাংনি, প্রাকৃত নুমীৎ (সূর্য্য) কোটি কোটিগী পুল্লপ-পূনবা মঙান্দুদগী (ঐখোয়না ৱাখন্না শাগৎপা ঙম্মবদি) হেন্না কন্না মীৎথরুঙাই ওইনা লংবা জাংনি। লোকশিংহুদা লৈবা জীবশিংদি পোকপা নাইদে, শিবা-নাইদে, হন্নুদে অহুগা অনা-অয়েক তৌদে, অহুগা মখোয়না খঙদবা পোৎ লৈতে; মখোয়দি লোইনমক লাইরমচৎ চৎলী অহুগা সংসারগী অপাম্বা (বাসনা) হায়বহু মখোয়গী লৈতে। বৈকুণ্ঠ লোকশিংহুগী অমমমগী অধিদেবতা ওইবিবা পরমেশ্বর নারায়ণগী সেবা তৌবা নত্তনা জীবশিংহুগী থবক তৌনীঙঙাই অতে লৈরমদে। মুক্তাত্মাশিংহু অতৎ-অথম নাইদবমখৈ সাম বেদদা য়াওরিবা সামগানশিংহু (ঈশৈশিংহু) শক্নুনা ঙাক্তা লৈ (বেদৈঃ সাঙ্গপদক্রমোপনিষদৈঃ গায়ন্তি যং সামগাঃ)। মখোয লোইনমক উপনিষদ্ মঙাগী মূর্ত্তি ওাক্লি। ত্রিপাদ-বিভূতি হায়বদি ভগবানগী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শরুক অহুমহু প্রাকৃত আকাশতগী য়াম্না থাপ্না লৈ; পাদবিভূতি হায়বদি ভগবানগী বহিরঙ্গ শক্তিবু কোল্লিবা শরুক অমা অহুগী ৱা হাযবা মতমদা ঐখোয়না খঙগদোবদি প্রাকৃত জগৎকী ৱা হায়রিবনি হায়বা অসিনি। ত্রিপাদ বিভূতিসি অপ্রাকৃতনি অহুগা পাদবিভূতিনা প্রাকৃতনি হায়না পদ্মপুরাণ দস্থ হাযরি। অহুগা ত্রিপাদবিভূতিনা নিত্যনি অহুগা পাদ-বিভূতিনা অনিত্যনি। বৈকুণ্ঠরাজ্যদা ভগবানগা মনাইশিংগগী নিত্য ওইবা মূর্ত্তি লৈ, মখোযগী মূর্তিশিংহু শুভনি, অবার্থনি (অরেম্বা নত্তে), অপ্রাকৃতনি অহুগা মতম পুম্বদা নহা ওইহুনা লৈ। অমরোমদা হায়রগা পোক-শিবা-হন্নুবা অমদি অনায়েক-তৌবা হাযবহু লৈতে হাযবনি। নিত্য ধাম অহু মতম পুম্নমক্তা ফজহুনা লৈ অহুগা নুংঙাইবনা থল্লী। ৱাফমসিমস্থ শ্রীমদ্ভাগবতমগী নৈনবিবা শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌরি, দিব্য-ভাব অহুবু 'অমৃতনি' হাযবি। বেদদা 'উতামৃত-ত্বস্যেশানঃ' হাযনা বর্ণনা তৌবগুম্না, পরমেশ্বর ভগবান্দি অমৃতত্বগী (শিদবগী) মপুনি, অমরোমদা হায়রগা মহাক শিদবনি, অমস্তুং মহাক অমৃতত্বগী মপু ওইবা মরম্না মাগী ভক্তশিংদস্থ অমৃতত্ব পীবা ঙম্মী। ভগবদগী-তাদস্থ(৮।১৬) ভগবানমক্না হাযবা লৈ মহুদি মাগী অমৃতধামদা চৎলবা মীহুদি মৈচাক মখল অহুমগী মর্ত্ত্য-লোকসিদা (অশি লমদমসিদা) হল্লক্তে। ভগবান্দি প্রাকত ওইবা মপুগুম্বা নত্তে। মর্ত্ত্যলোকগী মপুনা মাগী মথা-পোনবা মীশিংদা নুংঙাইবা চপ মান্ননা ফংমিন্নদে, মহাক অমরস্থ নত্তে অহুগা মথাথোংবা মীতাশিংবু অমব ওইহনবা ঙমদে। জীবাত্মা পুম্নমক্কী লুচিংবা ওইবিবা ভগবান্দি মাগী ভক্তশিংদা মাগী অমৃতত্ব অমস্তুং চিদানন্দ য়াওনা মগুণ পূম্বা হাপ্পা ঙম্মী। প্রাকৃত জগতদি পুম্নমক্কী থম্মোইনুংদা চিন্তা অমস্তুং অকিবা মতমপুম্বদা লৈ, অহুগা ভগবান্দি মছামক অকিবা-লৈতবা মকোক্লিনা মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংদা কিদবা হায়বা গুণ হাপ্লীবা ঙম্মী। সংসারদা লৈবা হায়বসিমক অকিবা মখল অমনি মরমদি প্রাকৃত দেহশিংদা পোকপা-শিবা-হন্নুবা অমদি অনায়েক্কী ফল ময়াম্না জীব খুদিংবু অকিবদা চেংনা থম্মী। মর্ত্ত্যসিদদি পোৎ খুদিংবু কীভম অমদগী অমদা হোংহন্-ঙম্বা মতমগী প্রভাব মতম পুম্বদা লৈ; হান্নদি 'অবিকার' (হোংবা-নাইদবা) ওইনা লৈরম্বা জীবনা মতমগী প্রভাবতগী হোংবা নাইবা মরম্না য়াম্না অৱাবা ফংঙী। মতমগী হোংহন-ঙম্বা ফলশিংহু ঈশ্বরগী রাজ্যদদি লৈতে হায়বহু ময়েক শেংঙী। মরমহুনা মাগী ধামসিগী মথক্তা মতমগী প্রভাব লৈতে হায়বসি খঙবা য়াই অমস্তুং অকিবা হায়বহু সুকলৈ লৈতে। প্রাকৃত জগতদি নুংঙাইরে হায়রিবদো মী-মীগী তৌজমন্নি। কনাগুম্বনা য়াম্না কন্না নোমজরগা

ইনাকখুনবা য়াই, অদুবু মসুম্না ফংজকপা হুংঙাইবদু কয়া কুইগদগে হায়না চিংনবনা কিন্নুনদা লৈ। ভগবদ্ধামদদি হুংঙাইবগী মচাঙ অমা ফংনবগী হোৎনবা হায়বদু লৈতে। হুংঙাইবা হায়বসি আত্মাগী স্বভাব-নি হায়না বেদান্ত সূত্রদা—আনন্দময়োঽভ্যাসাৎ—হায়না হায়রি। আত্মাগী স্বভাবকী হুংঙাইবা হায়বসিদি অনুভব তৌর তৌরগা হেক্কৎলকয়ি, অদুনা হুংঙাইবসিগী চাং তারকপা হায়বা লৈতে। অসিগুম্বা বিশুদ্ধ চিদানন্দসি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী করিগুম্বা মফমদা ফংবা লৈতে, কন্নি হায়নি জনলোক, মহর্লোক (সত্যলোক) হায়বা লোকশিংদকাওবা চিদানন্দ ফংবা য়াদে, মরমদি ব্রহ্মাকাওবা কর্মকল্প (তৌজমন) চাবগী নিয়ম মখা পোল্লী অদুগা পোকপা অমসুং শিবা নাই। মরমসিনা মফমসিদা 'দূরতায়ঃ' হায়রিবনি, অমরোমদা হায়রগা ভগবদ্ধামগী চিদানন্দ হায়বসিদি স্বর্গগী মথক্তা লৈবা লোকশিংদা কাবা য়াবা মহান্ ব্রহ্মচারীশিং নত্রগা সন্ন্যাসীশিংনকাওবা করিনো হায়না লাকপা ঙমদে। নৎত্রগা, ভগবান্গী মহিমাসি কয়ামুক মহান্ ওইবগে হায়ববু মহিমাসিবু ব্রহ্মচারীশিং অমদি সন্ন্যাসীশিংনা মশক ভাবতন-কাওবা লাক্শনবা ঙমদে। অদুবু অসিগুম্বা চিদানন্দদি ভগবান্গী কৃপাদগী মাগী ভক্তশিংনা তশেংনমক ফংবা ঙম্মী।

শ্লোক ১৯

**পাদেষু সর্বভূতানি পুংসঃ স্থিতিপদো বিদুঃ।**
**অমৃতং ক্ষেমমভয়ং ত্রিমূর্ধ্নোঽধায়ি মূর্ধসু ॥১৯॥**

পাদেষু—শরুক মরিগী অমদা; সর্ব—পুম্নমক; ভূতানি—জীবশিং; পুংসঃ—বিরাট পুরুষগী; স্থিতিপদঃ—ভূঃ-নচিংবা লোক পুম্নমক্তা মাগী পাদ হায়বদি অংশ ওইরিবা অদুগুম্বা মহাক্তী; বিদুঃ—মখোয়না খঙকম থোকয়ি; অমৃতম্—শিদবা; ক্ষেমম্—হন্নরকপা অনায়েক্রচিংবদগী পোকপা চিন্তা য়াওদবা মনুংঙাই; অভয়ম্—কিদবা; ত্রি-মূর্ধ্নঃ—থকী মরোল অদুমগী; অধায়ি—লৈ; মূর্ধসু—শ্রীবৈকুণ্ঠলোকশিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্থিতিপদ হায়বদি মাগী খুয়া-থখাল্লা লোক পুম্নমকপু পালন তৌরিবা অদুগুম্বা পুরুষগী অংশ ওইরিবা মায়িক অমদি মায়িক-নত্তবা লমদমশিংদা বদ্ধ ওইবা অদুগা মুক্ত ওইবা জীব পুম্নমক লৈ। শুণ অদুমগী লোকশিংগী রাংমদা লৈবা মথক্তী লমদমশিংদা হায়বদি পরব্যোমদদি শিবা লৈতে, অনা অয়েক অদুগা ভগবান্দা অপরাধ তৌরুবগী অকিবা হায়বদু লৈতে।

নৈনরোল

ভগবান্গী সন্ধিনী শক্তিগী শকফোঙ পুম্নমক্তী মনুঙদা শরুক মরি থোকপগী অমনা প্রাকৃত জগত্তা উৎলী অদুগা শরুক অহুম্না বৈকুণ্ঠলোকদা লৈ। ভগবান্গী শক্তিবু সন্ধিনী, সম্বিৎ অমসুং হ্লাদিনী কৌবা শরুক অহুম থোক্তা থায়দোকয়ি; অমরোমদা হায়বা তারগা ভগবান্দি সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দগী পূর্ণ (মপুঙ) কাবা প্রকাশনি। প্রাকৃত জগত্তদি অসিগুম্বা সচ্চিদানন্দগী শরুক অসি থজিক্রমক উৎলি। ভগবান্গী সূক্ষ্ম (কৃপ্লবা) অংশ ওইবা জীবশিংনা মুক্ত ওইরবা মতাঙদা সচ্চিদানন্দ অসিগী মহাও তংবগীদমক মতীক চাজে অদুগা বদ্ধ ওইবা মতাংদদি সচ্চিদানন্দগী পুন্সি হায়বদু করিনো হায়বা খঙকাস্তে। প্রাকৃত জগত্তা লৈবা জীবাত্মাশিংদগী মশাঙ য়াম্না হেন্নিবা মুক্তা-আত্মাশিংদি তশেংনমক অমৃত (শিদবা), অভয় (কিদবা), অদুগা হন্নরকপা অমদি অনায়েক্রচিংবা তৌদবগী মতাঙদা ভগবান্গী মথক্তা পল্লিবা সন্ধিনী, সম্বিৎ অমদি হ্লাদিনী শক্তিশিংবু তশেংনা থঙজী।

প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা ত্রিলোক '(মরোল অহুম), হায়বদি স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল হায়না কৌবা লোকশিং লৈ; মখোয় লোইনমক্না সন্ধিনী শক্তিগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমথক্তনি। মতুগী মাংমদা পরব্যোম (প্রাকৃত-নত্তবা আকাশ, দিব্য আকাশ) লৈ; আকাশ অসিদা বৈকুণ্ঠ লোক ময়াম অমা প্রাকৃত লোক তরেৎকী মাংমদা লৈ। স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল কৌবা ত্রিলোক, অসিগী অমতদসু কনামতনা সৎ-চিৎ-আনন্দগী অবস্থা ফংবা ঙমদে। মখোয় অহুমসিগী মাংমদা লৈবা লোকশিংবু সাত্ত্বিক লোক হায়না খঙনৈ মরমদি মখোয়সিদা লৈবা জীবগী পুন্সি শাংঙী, হকুদে অমসুং অন্নায়েক চেন্দে অমসুং অকি-অখঙ লৈতে। মহর্ষিশিংবু স্বর্গগী মাংমদা লৈবা মহর্লোক অহুদা কাহল্লী, অহুবু লোক অসিদা অকিবা পুঙকোক কোকপদি নত্তে, মরমদি কল্প অমগী মতুঙদা মহর্লোকসি প্রলয় তৌয়ি অদুগা মহুদা লৈরম্বা জীবশিংনা থোইনা হেন্না মাংখৎপা লমদমদা চৎলি। হায়রিবা অরাঙবা লমদমশিংসিদসু শিন্দবদি কনামত্তা য়াওদে। পুন্সি হেন্না শাংবা অমর অদুগা চিৎ-আনন্দ ফংবগী চাং হেনগৎপগী মা অদুদনি তশেংনা অমর ওইবা. অকিবা কোকপা অমদি জরা (অহল ওইবা) অদুগা ব্যাধি (অনা-য়েক) লৈতবা হায়বদুদি নত্তে। অদুগা তশেংবা অমর ওইবা, অভয় ওইবা অদুগা জরা ব্যাধি লৈতবা হায়বদুদি প্রাকৃত আকাশগী আবরণশিংগী মাংমদদা ওইবনি। হায়রিবা অমৃত-অভয়নচিংবা ফীভমদি মকোক-কোক্লেন্দদনি (অধায়ি মুর্ধাসু)।

শ্লোক ২০

**পাদাস্ত্রয়ো বহিশ্চাসন্নপ্রজানাং য আশ্রমাঃ।**
**অন্তস্ত্রিলোক্যাস্ত্বপরো গৃহমেধোঽবৃহদ্ব্রতঃ ॥২০॥**

পাদাঃ ত্রয়ঃ—ভগবানগী শক্তিগী শরুক অহুমগী লোকশিং; বহিঃ—মাংমদা; চ—অমসুং; আসন্—লৈরম্মী; অপ্রজানাম্—মচা পোক্তবশিংগী (নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী, বানপ্রস্থ অমদি যতিশিংগী); যে—মখোয়; আশ্রমাঃ—পুন্সীগী তাঙ্কক্‌শিং; অন্তঃ—মনুঙদা; ত্রিলোক্যাঃ—লোক অহুমগী; তু—অদুবু; অপরঃ—অতৈ; গৃহমেধঃ—য়ুম্পান্‌বা মী; অবৃহদ্‌ব্রতঃ—ব্রহ্মচর্য্য-চত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী শক্তিগী শরুক অহুম্না ওইবা প্রাকৃত-নত্তবা জগৎতি প্রাকৃত জগৎকী মাংমদা লৈ অদুগা জগৎ অসিদি মচাপোক্তবশিং (হায়বদি নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী, বানপ্রস্থ অমসুং যতি আশ্রমদা লৈবা মীশিং) অদুগী লৈফম্নি। য়ুম্পান্‌বা অমসুং ব্রহ্মচর্য্য-চত্তবা মী অতৈদি প্রাকৃত লোক অহুমসিদা লৈ।

মৈনরোল

বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম নৎস্রগা সনাতন ধর্ম্মগী থম-থেংবা ঙমহৈগী মা অদু শ্রীমদ্ভাগবতমগী মৈনরিবা শ্লোকসিদা ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি। মীওইবা অমদা পীবা য়াবা খুৎইদগী হেনবা কাল্লবদি ব্রহ্মচর্য্য চৎনবা তম্বিবা হায়বসিনি মরমদি মুপী-মুপা পাদোঙনবদা লুপ্পনা সংসারীগী বন্ধ (অফা-অপুন্নবা) জীবন অদু মপোক মপোক্কী চৎথরিবনি। পাদোঙনবগী সংযম লৈতবা মীওইবগী সভ্যতাতুদি মন্নিঙ্ঙবা থাক্তা লৈবা সভ্যতানি মরমদি ইরাংসিদা লৈরবদা প্রাকৃত দেহনা ফাজল্লবা আত্মাগী মুক্তি হায়বদু লৈত্রবনি। পোকপা-শিবা-হকুবা-অনায়েক-হায়বসি প্রাকৃত দেহগা মরী লৈনবনি, পোকপা-শিথন-চিংবসিগা আত্মাগা মরী লৈনদে। ইন্দ্রিয় পেল্লনবগীদমক হকচাঙদা আসক্তি লৈরিবমখৈদি জীবাত্মানা মাগী দেহতুগীদমক হনজন হনজন পোকপা শিবা হায়বদুদি অতুম তৌতুনা লৈদোরবনি। অদুগা মীওইবগী হকচাঙদি কিনা মন্থরকপদোনা মন্থরকপা নাই।

মীওইবা পুন্সিগী থম্-থোংবা কান্নবা পীননবা হায়দুনা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা ধর্ম্মসি চৎপা মীদুবু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম হৌবদগী চিরকৌমার্য্য (পুন্সিচুপ্পা নুহোংদবা) হায়রা ব্রততসি চৎননবা প্রসিক্ষণ (*training*) পীরিবনি। ব্রহ্মচারীগী পুন্সি অসি ব্রহ্মচর্য্য ব্রত চৎনা চৎননবগীদমক ছাত্রশিংদা তাকপী। পাদোঙ-নবগী মহাও খঙজিবা নহাশিংনা য়াম্না ক্ষায়না চিরকৌমার্য্য ব্রততসি চৎপা ঙম্মী অদুগা অসিগুম্বা পুন্সিসিদা চপ লেপথবা মীদি বাংলবা মতাঙ হায়বদি ভগবান্গী শক্তিগী শরুক অদুম্না ওইরিবা রাজ্যদুদা কাবা ঙমগনি। ভগবান্গী শক্তিগী শরুক অদুমসিদা লৈবা লোকশিংদদি শিবা নংত্রগা অকিবা হায়বদু লৈত্রে হায়না হায়না হায়খিবদুনি; মফমদুদদি চিদানন্দগী পুন্সিনি। পাদোঙনবগী পুন্সিদা লুপচরিবা গৃহস্থস্থু ব্রহ্মচারীগী পুন্সি নিয়ম অদু চৎলরুবদি প্যাদোঙনবগী পুন্সিদু থাদোকপা ঙমগনি। গৃহস্থবু চহি য়াখৈ হেক হেনবগা য়ুম থাদোকউ হায়না তাক্লি (পঞ্চাশোর্দ্ধং বনং ব্রজেৎ) অমসুং উমংদা লৈয়ু (বানপ্রস্থ চৎলু) হায়রি। অদুম তৌরবদি ইমুং মহুংবু মুংশিবা হায়বদু মপুঙ ফানা থাদোক্লুনা ভগবান্গী সেবাদা মপুঙ ফানা লুপ্পবা সন্ন্যাসী অমা ওইনা সন্ন্যাস আশ্রম লৌবা ঙমগনি। ব্রহ্মচর্য্যব্রত চৎনবা শিক্ষা পীবা ধর্ম্মনীতি খুদিংমক মীওইবগীদমক্তি যবা জাৎনি মরমদি মদুম্না শিক্ষা ফংবা মীওনা সংসারগী অরাবা পুন্সিসি ফংবা তোক্কনি। ভগবান্ বুদ্ধনা তাকপীরম্বা নির্ব্বাণ হায়বসিসু সংসারগী অরাবা কোক্লবনি। হায়বিবা নীতি অসিগী থমথোংবা মতাঙদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা ময়েক লাবা অনুভবকা লোয়ননা তাক্লি, তৌবগীবুদি বৌদ্ধশিংগী, শঙ্কর পন্থীশিংগী অমসুং বৈষ্ণবশিংগী সাধন মতাঙদা হৌরকপদি থেম্নবা লৈতে। পোকপা শিবা মুংনাঙবা কিবা হায়বসি কোকপা মতাঙদুদা য়োবা ঙম্নবগীদমক ধর্ম্ম ময়ামদিগী কনামতনা ব্রহ্মচর্য্য ইন্দবা য়াই হায়দে।

গৃহস্থশিংনে অদুগা ব্রহ্মচর্য্য চৎলরোই হায়না চত্তবশিংনে মখোয়সিনা শিবা লৈতবা রাজ্যদা চত্তবগী শক্তি চেন্দে। ধর্ম্ম কায়দবা গৃহস্থশিং নংত্রগা যোগভ্রষ্ট ওইবা যোগীশিং নংত্রগা লৈখা তাবা পরমার্থীশিংনে মখোয়সিদি প্রাকৃত জগৎকী (ভগবান্গী শক্তিগী শরুক মরী থোকপা অমগী) মনুঙদা লৈবা অরাঙবা লোকশিংদা কাবা য়াই, অদুম্নদি ওইরগা মতু লৈতবা রাজ্যদা চত্তবদি মখোয় ঙম্মোই। 'অবৃহদ্ব্রতঃ' হায়বসি ব্রহ্মচর্য্য ব্রত থুগাইবা মখোযদুবু হাযবনি। বানপ্রস্থশিং হায়বদি য়ুমপানবা থাদোক্লবা মীশিং অদুগা সন্ন্যাসীশিং হায়বদি পুঙথা থাদোক্লবা মীশিং মখোযগী সাধন-দা মহৈ য়ানগে হায়রবদি ব্রহ্মচর্য্য ব্রততসি কায়বা য়াদে। ব্রহ্মচারীশিং, বনপ্রস্থশিং অমসুং সন্ন্যাসীশিংনা অমুক হন্না পোক্লীংদে (অপ্রজাঃ) অদুগা মখোয়না লোনজা-লোম্পৎনা পাদোঙনবগী থবক তৌবা য়াদে। ভ্রষ্ট যোগীশিংনা অকারমদগীদমক হোৎনবা ঙম্নবা অমুক হন্না মীওইপোক্তা পোকপদু লাইরীক হৈবা ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা নংত্রগা লৈরবা লল্লোনবগী ইমুঙদা পোকই। অদুবু মীওইনা হেক পোকপগা অমৃত (শিদবা) পদবী ফংননবা সাধন অদুনা অথোইবা সাধন্নি। নংত্রগদি মীওইবগী পুন্সিদা চৎকদবা শাজৎতু পুঙলান লানবা ওইরগনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি ব্রহ্মচর্য্য চৎপগী মতাঙদা মাগী ভক্তশিংদা য়াম্না চেকশনবা মীৎয়েং য়েংখি। মাগী পার্ষদ ওইরম্বা ছোট হরিদাসবু ব্রহ্মচর্য্য ক্লাকপা ঙমদে হায়দুনা শাথিনা শাস্তি পীখি। মরমসিনা পরমার্থী অমনা সংসার মৈচাকী বাংমদা লৈবা রাজ্য অদুদা কানীংলবদি পাদোঙনবগী থবক্তা তৌনীংবা য়াওনা চঙশল্লবদি, খোইদোক হেন্লোক্লা সন্ন্যাসী অমনা অদু তৌরবদি, মদু আত্মঘাত তৌবদগী হেম্না ক্নত্তবা থবক্লি। সন্ন্যাস আশ্রমদা মুপীগা পাদোঙনবা হায়বসিদি ধর্ম্মগী পুঙওন ওন্নবা মওং অমনিঃ অসুম্না লম্বী লান্নরবা মীনা লাইকক কদুনা কনাগুম্বা ভক্ত অমগা থেংনরবদি মাবু কলহৌবা ঙমগনি।

শ্লোক ২১

**স্বতী বিচক্রমে বিশ্বঙ্ সাশনানশনে উভে।**
**অরুবিদ্যা চ বিদ্যা চ পুরুষস্তূভয়াশ্রয়ঃ ॥২১॥**

স্বতী—জীবাত্মাশিংগী পম্মুংকম্ লম্বী; বিচক্রমে—চৎলী; বিশ্বঙ্—মকমপুম্বা শরাশম্না লৈবা পরমেশ্বর; সাশন—ভোগ অমসুং মুক্তি ফংনবগী থবক; অনশনে—ভক্তিগী থবক; উভে—অনীমক; যৎ—মহু ওই; অবিদ্যা—থঙদবা, মায়া; চ—অমসুং; বিদ্যা—খঙবা; চ—অমসুং; পুরুষঃ—পরমেশ্বর; তু—অদুবু; উভয—অনীমকী; আশ্রয়ঃ—তুঙকম মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশ্ববু কোয়না চৎলিবা জীবনা ভোগ অমসুং মুক্তি ফংনবগী সাধনগী মশক ওইবা একপাদ অমসুং ত্রিপাদ-বিভূতিগী লম্বী অনীদা কোয়। পরমেশ্বরনা বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা অনীগী তুঙফম্নি (আশ্রয়নি) হায়বদি মায়া অনীমক পরমেশ্বরগী মথা পোল্লী; পরমেশ্বরতনা মায়াগী অমতা-ঙাযবা মপুনি।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা বিশ্বঙ্ হায়বা শব্দসি অর্থ-লৈবা ঙমনি। কর্ম্মক্ষেত্র খুদিংমক্তা মপুঙ-ফানা কোয়রিবা মহাক্কু পুরুষ নংত্রগা ক্ষেত্রজ্ঞ কৌয়ি। ক্ষেত্রজ্ঞ অমসুং পুরুষ হাযবা শব্দ অনীসি জীবাত্মাদসু পরমাত্মাদসু চপমান্নবা শীজন্নবা (প্রযোগ তৌবা) যাই। ভগবদ্গীতাদা (১৩।৩) ৱাফম অসি মথাগী অসুম্না হায়রিঃ—

**ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত।**
**ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞয়োর্জ্ঞানং যৎ তজ্‌জ্ঞানম্ মতং মম।**

ক্ষেত্রগী অর্থনা মফম হায়বনি, অদুগা মফম অদু খঙববু ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবনি। জীবাত্মাদি মাগী ঙমথৈ নাইবা কর্ম্মক্ষেত্রদমক খঙঙী অদুগা পরমাত্মাদি ঙমথৈ-নাইদবা কর্ম্মক্ষেত্রবু খঙঙী। জীবদি মাগী মরম্নাই ৱাখল, অনুভব অমসুং নীংজবগী থবক্তমক খঙঙী, পরমাত্মা পরমেশ্বরদি মফম খুদিংমক্তা শীঙ্খুংনা লৈবনিনা জীব খুদিংমক্কী ৱাখল, অনুভব অমসুং ইচ্ছাগী থবক লোইনমক খঙঙী। মরমসিনা জীবাত্মাদি মাগী লন্নাই থবক্কী অমু প্রভুনি অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্না লোইনমক্কী হৌখিবা, ওইরিবা অমদি ওইরকদৌবা থবক পুম্নমক্কী মবুংঙোনি। খঙদবা মীতাশিংতনা জীবাত্মাগা ভগবান্গা অনীগী খেন্নবসি খঙদে। জীবশিংনা জড পদার্থগা খেন্নবা মরম্না ভগবান্গা চিদংশদা য়েংলুরগা গুণগত মান্নবা হায়বদু ওইবা য়াই, অদুম্নদি ওইবগা ভূত-ভবিষ্যৎ-বর্ত্তমান অক্তম্বু মপুঙ ফানা খঙবদদি জীবগা ভগবান্গা বদৌঙ্গৈদসু মান্নদে।

জীবনা মচেৎ ওইনা চিন্ময ওইবা মরম্না করি করিগুম্বা মতমদা মাগী স্বরূপ অদু (মহাক কনানো হায়বদু) কাউয়ি। কাউগনবসি থোইদোক্না ভগবান্গী একপাদবিভূতিদা হায়বদি প্রাকৃত জগত্তা উৎলী, অদুগা ত্রিপাদবিভূতি হায়বা ক্ষেত্রদা হায়বদি প্রাকৃত-নত্তবা জগত্তা জীবাত্মাশিংগী কাউগনবা হায়বসি লৈতে, মখোয়হুদি কাউগনবদগী থোরকপা অমোংপা পুম্নমক্কী ৱাংমদা লৈ। প্রাকৃত দেহ অসি অকাউ-লাইচুবগী অপোবা অমদি অকুপ্পা মওংগী খুদম্নি, মরমহুনা প্রাকৃত জগৎ পুম্ববু অবিদ্যা কৌয়ি অদুগা প্রাকৃত-নত্তবা জগৎ পুম্ববু বিদ্যা কৌয়ি হায়বদি জ্ঞান্না থল্লী। অবিদ্যাগী মতাঙ কয়ামুক লৈ, মখোয়হুদি ধর্ম্ম, অর্থ, মোক্ষ হায়বসিনি। অদ্বৈতবাদীগী জীবাত্মাগা ব্রহ্মগা তিন্নহুনা অমতা ওইশনবা হায়বা মত—মোক্ষ (অরান্‌খুভম্) হায়বসিসু প্রাকৃত জগৎকী কাউজন্দীবা হায়বদুগী অরোইবা মতাঙনি। আত্মাগা পরমাত্মা গুণলোমদা মেংলগা অমতনি হায়না খঙবসু মচেৎ ওইনা খঙবনি নৎত্রগা করিমতা খঙদবা হায়ব-হুনি, মরমদি মখোয়দা মচাঙদা হেন্নৈ হায়না খঙবগী জ্ঞানহু লৈতে। জীবাত্মাগা ভগবান্গা চিংকী ময়াইকৈদা

মায়দে। মায়ক্কয়বদি জীবনা অকাওলাই চুরোইদৌবনি। মরমদুনা, জীবশিংগী কাউগন্বা হায়বা অমা লৈব-নিনা জীবগা ভগবান্‌গা অনীগী মরক্তা অংশগা অংশীগা (য়েচেংকা মপুন্‌স্নাই প্রেমবশুম য়ায়া খেয়ে। অংশন অংশীগা কদৌঙৈদসু মায়কম খোদ্রে। মরমসিনা জীবগা ভগবান্‌গা চপ মান্নবা হায়বসিসু অবিদ্যানি।

অবিদ্যাদা লৈবা মতাংদা থবক পূম্নমক স্মৃতিগী মপু ওইগে হায়বগীঙাক তৌয়ি। মরমদুনা প্রাকৃত জগত্তা মী খুদিংনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইননবা প্রাকৃত ঐশ্বর্য্য ফংননবা হোৎনৈ। মরমদুনা মতম পুম্বা থৎন-চৈনবা অমদি নীঙবা কায়বা হায়বা অবিদ্যাগী চিহ্ন অদু তংতনা থোকয়ি। বিদ্যাদা লৈবা মতাংদা ভগবান্‌গী মফমদা ভক্তি-সেবা তৌনৈ। মরমসিনা ভক্তি তৌদুনা মুক্ত ওইবা মতাংদা অবিদ্যানা চংবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না ভগবান্দি বিদ্যা অমসুং অবিদ্যাগী ক্ষেত্রগী মপুনি। অদুনা হায়রিবা লমদম অনীসিগী অমদা লৈনবা থন্‌বদি জীবনা থন্‌জবা তাই।

শ্লোক ২২

**যস্মাদণ্ডং বিরাড় জজ্ঞে ভূতেন্দ্রিয়গুণাত্মকঃ।**
**তদ্‌দ্রব্যমত্যগাদ্ বিশ্বং গোভিঃ সূর্য্য ইবাতপন্ ॥২২॥**

যস্মাৎ—মতোন্দগী; অণ্ডম্—ব্রহ্মাণ্ড, বিরাট্—বিরাট্‌রূপ; জজ্ঞে—থোরকযি; ভূত—ক্ষিতি-নচিংবা ভূত; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়শিং, গুণ-আত্মকঃ—গুণগী ওইবা; তৎদ্রব্যম্—ব্রহ্মাণ্ডশিং অমসুং বিরাট্; অত্যগাৎ—লাম্থোকয়ি, বিশ্বম্—ব্রহ্মাণ্ড; গোভিঃ—মঙাল্না; সূর্য্যঃ—নুমীৎ, ইব—গুম্না; আতপন্—মঙান্ অমসুং মৈশা য়েন্‌থি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতোন্দগী হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দগী ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক অমসুং প্রাকৃত ভূত মঙাগা গুণশিংগা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়নবা বিরাট্‌রূপকা থোরকপনি। অদুম ওইনমক নুমীৎনা মাগী মঙান অমসুং মৈশাদগী তোঙানবগুম্না মহাক্তি অদুম তোঙাম্না লৈ।

নৈনরোল

পরতত্ত্ববু মমাংগী শ্লোক অদুদা পুরুষ হায়বদি পুরুষোত্তম হায়না খঙনরে। অদ্বয় পুরুষ অসি শক্তি মথল মথা শীজয়বা ঈশ্বরনি হায়বদি পরম নিযামক-নি। ভগবান্‌গী প্রাকৃত শক্তিনা উংপা একপাদবিভূতি অসি ভগবানবু শুমহৎপা ঙমদবী লৈমা অমগুম্নি, বাযমসি গীতালোন্দাদা (ভিন্না প্রকৃতিঃ) হায়না উংলি। অদুগা ভগবান্‌গী শক্তিগী শুদ্ধ চিন্ময় প্রকাশ ওইরিবা ত্রিপাদ-বিভূতি ভগবান্‌গী খোয়দাবা লমদম্নি। মরমসিনা ভগবান্‌না প্রাকৃত বিভূতিশিংসি প্রকৃতিদা গর্ভসঞ্চার তৌরগা বিভূতি প্রকাশ অদুদা মহাক মশামকপু বিশ্ব-রূপ ওইনা অমুক শরা শম্না লৈ। অর্জ্জুনগী মফমদা উংখিবা বিশ্বরূপ অদু ভগবান্‌গী মূল মূর্ত্তি নত্তে। মাগী মূল রূপ-তি পুরুষোত্তম হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ মশামকী দিব্য রূপ অদুনি। বাফমসি নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি মতুদি ভগবান্‌না মশাবু নুমীৎনা তৌবগুম্না শন্দোকই। নুমীৎনা মশাবু মাগী অকিবগী মশক ওইবা মঙান অমসুং মৈশানা শন্দোকয়ি অদুগা মহাক মশামক্তি মঙাল অমসুং মৈশাদগী তোঙাম্না মতম পূম্নমক্তা লৈ। নিরাকার-বাদীশিংনা কৃষ্ণ হায়না খঙনবা ভগবান্‌গী সচ্চিদানন্দময় বিগ্রহগী বা খঙদবা মরম্না ভগবান্‌গী মঙানতুদবু লৌয়ি। মরমসিনা পরম পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ অনীনা বাঁশী পায়বা মূর্ত্তি অদুনা নিরাকার-বাদীশিংগী বুদ্ধি মাঙহল্লি মরমদি মখোয়দি ভগবান্‌গী বিরাট্ রূপ অদুত্তমক য়ানীঙই। নুমীৎকী মঙান্দি নুমীৎ নত্তে অদুম্না ভগবান্‌গী বিরাট রূপ অদু পুরুষোত্তম রূপ অদু নত্তে হায়বা নিরাকারবাদী-শিংনা খঙজনবা চুম্মী। ভগবান্‌গী পুরুষ রূপ অসিগী বা ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি (৫।৩৭)

**আনন্দ-চিন্ময়-রস-প্রতিভাবিতাভিস্ তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।**
**গোলোক এব নিবসতি অখিলাত্ম-ভূতো গোবিন্দম্ আদিপুরুষং তম্ অহং ভজামি।**

**"মহাক্কী অজগী মগুায়া জীব খুদিংগী ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু তেকথংহনবা অত্থুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান গোবিন্দদি গোলোক কৌবা চিন্ময় ধাম অত্থুদা লৈ। অত্থুম ওইনমক মহাক মহাক্কী হ্লাদিনী শক্তিগা মান্নবা মহাক্কী চিন্ময় ওইবা মগুান শন্দোক্তুনা মাগী সৃষ্টি পুম্বদা শরা শন্না লৈ।" মরমত্থুনা মহাক মতম অমতদা মীওইবগী রাথন্না লাম্বা ফংদবা শক্তিনা সাকার অমসুং নিরাকার ওই, হায়বদি প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা (চিন্ময়) ওইবা প্রকাশ মখল মথেল মরক্তা মপুঙ ফাবা একতা উৎপা অদ্বয় তত্ত্ব অমতা ওায়বা অত্থুনি। মহাক পোৎ খুদিংদগী তোঙাল্লী অত্থুগা অমুক পোৎ অমতনা মঙোন্দগী তোঙান্দে।**

শ্লোক ২৩

**যদাস্য নাভ্যান্নলিনাদহমাসং মহাত্মনঃ।**
**নাবিদং যজ্ঞসম্ভারান্ পুরুষাবয়বানৃতে ॥২৩॥**

যদা—মতমদা; অস্য—মহাক্কী; নাভ্যাৎ—খোয়দৌদগী, নলিনাৎ—থম্বাল লৈরাংদগী; অহম্—ঐ ইছামক; আসম্—পোক্‌খি, মহা-আত্মনঃ—অচৌবা আত্মাগী; ন অবিদম্—খঙলমদে; যজ্ঞ—যজ্ঞ; সম্ভারান—পোৎচঙশিং; পুরুষ—ভগবান্‌গী, অবয়বান্—হকচাঙ-কায়াৎশিং, ঋতে—নত্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাত্মা ভগবান্‌গী (মহাবিষ্ণুগী( খোয়দৌদা হৌবা থম্বান্দগী ঐহাক্না পোকপা মতমদা ভগবান্‌গী হকচাঙ কায়াৎশিং নত্তনা যজ্ঞগী পোৎচঙ অমতা ঐগী লৈরমদে।

নৈনরোল

ব্রহ্মাণ্ডসৃষ্টি তৌবা ভগবান্ ব্রহ্মাবু স্বয়ম্ভু হায়বদি মমা মপা য়াওদবা মথন্তা ওইজরকপা হায়বত্থুনি হায়না খঙনৈ। জীব অমা পোকপগী চৎনরিবা লোঞ্চৎতি মপাগা মমাগা অনীনা পাদোঙনরগা মচা (প্রজা) পোকপনি। তৌইগুম্বসুং ইহান হান্না পোকপা জীব ব্রহ্মাদি ভগবান্ কৃষ্ণগী অংশাবতার মহা-বিষ্ণুগী খোয়দৌদা হৌবা থম্বান্দগী পোকপনি। খোয়দৌগী থম্বান অসি ভগবান্‌গী হকচাঙ কায়াৎ অমনি অত্থুগা ব্রহ্মাসি থম্বান্দুদগী পোকপনি। মরমত্থুনা ব্রহ্মাসু ভগবান্‌গী হকচাঙ-কায়াৎ অমনি। মরমত্থুনা ব্রহ্মাণ্ডগী পাকচাউরবা অহোবা অত্থুদা থোরক্লবা মতুংদা ব্রহ্মানা অমম্বাঙাক উথি অতৈ করিমতা উথিদে। মাগী বুদ্ধি মাঙলম্মী অত্থুগা যজ্ঞগী পোৎলম ফংননবা তপ তৌ হায়না ভগবান্না ব্রহ্মাগী থম্মোইদা ইথিন্ (প্রেরণা) পীরম্মী। ভগবানগী দেহগী অংশাবতার ওইবা মহাবিষ্ণুগা ব্রহ্মাগা অনীসি নত্তনা অতৈ করিমতা লৈরমদে। যজ্ঞ তৌবগীদমক পোৎচঙ য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা শা চঙবা তাবনি। শাগী যজ্ঞ তৌবদি শাত্থুবু হাংনবগী নত্তে। যজ্ঞত্থু মহৈ য়াম্না পাঙথোক্লবগীদমক্তি। হায়বা তারবদি যজ্ঞদা কৎপা শা অত্থু মাঙহল্লগা অহৈবা পুরীৎ অমনা থীবা বেদমন্ত্রগী মপাঙ্গল্লা অনৌবা থরাই অমা খুদক্তা শাত্থুদা পী। অসিগুম্বা অহৈবা পুরীৎ ফংদ্রবা মতমদদি মৈমুংদা শা কৎপা হায়বা যজ্ঞ তৌফদে। ব্রহ্মানা গর্ভোদ-কশায়ী বিষ্ণুগী হকচাঙ কারাৎশিংদগী যজ্ঞগী পোৎলম শেল্লম্মী, মসিগী অর্থদি ব্রহ্মানা মশামক্তা জগৎ-সৃষ্টি তৌবনি। লৈরমদবা পোৎতগী করিগুম্বা অমতা শাবা য়াদে, অত্থুবু পোৎলম খুদিংমক ভগবান্‌গী দেহদগী সৃষ্টি তৌয়ি। ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা হায়খি (১০।৮)—অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে। "পোৎলম খুদিংমক ঐগী হকচাঙ-কায়াত্তগী থোকপনি মরমত্থুদা ঐহাক সৃষ্টি পুম্বগী থোরকফম মরুনি।"

নিরাকারবাদীশিংনা য়েংলিবদি অসিনি—লোইনমক ভগবান্ ভাক্তনিনা ভগবানবু লাংলুবগী কারবা লৈত্রে। সাকারবাদীনা ভগবান্গী হকচাঙ কায়াত্তগী থোরকপা পোৎ শীজন্নহুনা ভগবান্গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা ভগবানবু পূজা তৌয়ি। উইহেশিং অমসুং লৈরাংশিং পুম্নমক পৃথিবীগী হকচাঙদগী থংবনি, অদুমকপু জ্ঞান-তাবা ভক্তনা পৃথিবী-মাতাবু মতোন্দগী থোকপা হৈরম-লৈরম্না পূজা তৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না গঙ্গামাতাবু গঙ্গাজল-না পোৎলম ওইহুনা পূজা তৌনৈ অদুগা পূজা-তৌবা অসিগুম্বা পূজাগী ফল ফংঙী। ভগবান্গী পূজাসু ভগবান্গী হকচাঙ-কায়াত্তগী থোরকপা পোৎলমশিং শীজন্নহুনা তৌয়ি, অদুম ওইনমক ভগবান্গী অংশ অমা ওইরিবা পূজারি (পূজা-তৌবা মী) ভগবান্দা প্রেম-সেবা তৌবগী ফল ফংঙী। নিরাকারবাদীনা মহাবু শেন্নাননা ভগবান্বক্তি হায়না লৌক্তে, অদুগা সাকারবাদীনা তৌবিমল খঙবদগী লৈরিবা পোৎ খুদিংমক ভগবান্দগী তোঙান্দবনি হায়বসি খঙনা খঙনা ভগবানবু ভক্তি তৌহুনা ইড়াংলী। মরমহুনা ভক্তনা পোৎ খুদিংমক ভগবৎ-সেবাদা শীজন্নবা ঙমগনি, মরমদি পোৎ খুদিংমক ভগবান্গী মরন্ ভাক্তি অদুগা লন্দুবু অতোপ্পা কনামতনা মাগীনি হায়না দাবী তৌবা য়াদে হায়বসি ভক্তদি মুন্না খঙঙী। ভগবান্গা পোৎ পুম্নমকা অমতনি হায়বসি মপুঙ ফানা খঙবসিনা পূজারিহুনা ভগবানবু প্রেমসেবা তৌবদা মতেঙ পাংঙী, অদুগা নিরাকারবাদীশিংনা ওইদবদা নাপল পোক্পদগী পুন্সি চুপ্পা অভক্ত ওইহুনা ভগবান্সু শক খঙবিদবা ওইনা পুল্লী লৈক্তে।

শ্লোক ২৪

**তেষু যজ্ঞস্য পশবঃ সবনস্পতয়ঃ কুশাঃ।**
**ইদং চ দেবযজনং কালশ্চোরুগুণান্বিতঃ॥২৪॥**

তেষু—যজ্ঞ অদুগুম্বদা; যজ্ঞস্য—যজ্ঞগী; পশবঃ—শাশিং; সবনস্পতয়ঃ—লৈ অমসুং উনাশিংগা লোয়ননা; কুশাঃ—কুশ নাপী; ইদম্—অসিপুম্বা; দেবযজনম্—যজ্ঞভূমি (যজ্ঞ-তৌফম্); কালঃ--যুৎচাবা মতম; চ—সু; উরু—অচৌবা; গুণ-অন্বিতঃ—গুণ-চেন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যজ্ঞ তৌবগীদমক পোৎলম থরা চঙঙী, মধুদি লৈ, উনা, কুশ, যজ্ঞভূমি অমসুং যুৎ-চাবা মতম (বসন্ত ঋতু)।

শ্লোক ২৫

**বস্তুন্যোষধয়ঃ স্নেহা রসলোহমৃদো জলম্।**
**ঋচো যজুংষি সামানি চাতুর্হোত্রং চ সত্তম॥২৫॥**

বস্তুনি—চকু-উয়ান; ওষধয়ঃ—চেঙ হবায়; স্নেহাঃ—ঘীনচিংবা; রসলোহ মৃদঃ—খোইহি, সনা অমসুং লৈপাক; জলম্—ঈশীং; ঋচঃ—ঋগবেদ; যজুংষি—যজুর্বেদ; সামানি—সামবেদ; চাতুর্হোত্রম্—যজ্ঞ-তৌবা মী মরী; চ—মথোয়সি; সত্তম—হে সাধু মকোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চঙগদবা অতৈদি চকু, চেঙ-থোইদিং, ঘী, খোইহী, সনা, লৈপাক, ঈশীং, ঋক্, যজুঃ, সাম অমসুং যজ্ঞ-তৌনবা পুরোহিত মরি অসিনি, হে সাধু মকোক।

নৈনরোল

যজ্ঞ অমা নীঙথিনা তৌগে হায়রবদি অহৈবা পুরীৎ চঙগদবনি। মথোয়হুদি অমনা হোম পীনবা হোতা, অমনা মন্ত্র শোন্নবা উদ্গাতা, অমনা যজ্ঞ মৈ হৌগৎ হৈবা অধ্বর্যু, অমনা মরামহু য়েংশন্নবা

ব্রহ্মা হায়বসিনি। অসিগুম্বা যজ্ঞদি ইহান্ হানবা জীব ব্রহ্মানা পোকপা মুমীত্তসী তৌবা হৌবহ্নুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পান্‌বা মতম কাওবা তৌরম্মী। অদুবু মোৎলবা অমদি থৎন-চৈনগন্‌বা কলি যুগ অসিদদি অহৈবা ব্রাহ্মণ পুরীং লৈত্রে, মরমসিনা হৌজিক ওইরিবা যুগসিদদি হরিনাম যজ্ঞদবু তৌগদবনি হায়রি। শাস্ত্রনা হায়রি—

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।**
**কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা।**

শ্লোক ২৬

**নামধেয়ানি মন্ত্রাশ্চ দক্ষিণাশ্চ ব্রতানি চ।**
**দেবতানুক্রমঃ কল্পঃ সঙ্কল্পস্তন্ত্রমেব চ ॥২৬॥**

নামধেয়ানি—দেবতাশিংগী নাম বোধন তৌবা; মন্ত্রাঃ—দেবতা অমদা শোল্লগা কৎনবা মন্ত্র; চ—সু; দক্ষিণাঃ—দক্ষিণা; ব্রতানি—ব্রতশিং; চ—অমসুং; দেবতা-অনুক্রমঃ—দেবতা মথং মনাও; কল্পঃ—থোই-দোকপা শাস্ত্রগ্রন্থ; সঙ্কল্পঃ—তৌগে হায়না লেপ্পা থবক-মরম; তন্ত্রম্—থবক্কী মওং; এব—শুম্বা; চ—সু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চঙগদবা অতৈদি থোইদোকপা মন্ত্রনা, দক্ষিণা-না অমসুং ব্রতনা দেবতাশিংবু কৌথোকপা, মসি তৌননবা থোইদোকপা শাস্ত্রগী পদ্ধতি সঙ্কল্প (তৌগে হায়না লেপ্পা থবক-মরম), অমসুং তন্ত্র (থবক মতৌ) হায়বা অসিনি।

নৈনরোল

যজ্ঞ তৌবা হায়বসি সকাম কর্মগী মনুং চল্লী অদুগা থৌদৌশিংদু য়াম্না য়োরবা বৈজ্ঞানিক থৌদৌনি। থোইদোকপা মওংগী উচ্চারণ তৌরগা ঙংলকপা খোম্মোক অমগী মতুং ইন্‌বনি। অদুনা মদু মহান্ বিজ্ঞান অমনি। চহী লীশীং মরিদগী হেন্না চপ চানা শীজিন্নরক্‌্‌বনা (মতীক চাবা ব্রাহ্মণ ফংদবদগী) অসিগুম্বা যজ্ঞসি তৌরবসু মহৈ য়াদ্রে। পতিত ওইরবা যুগ অসিদা যজ্ঞ তৌ হায়নসু কনামতনা হায়নদ্রে। যুগ অসিদা অদুগুম্বা যজ্ঞ তৌবদি হৈশিংলবা পুরীৎকী কাঙবুনা ঠোক তৌনীং-দুনা উৎপা নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। অদুবু উৎননবা যজ্ঞদি করিগুম্বদসু মহৈ চারোই। সকাম কর্মদি প্রাকৃত বিজ্ঞানগী মতেঙনা তৌনরে অদুগা প্রাকৃত ওইবা পোৎচঙনা থরমথৈদি তৌনরি; অদুবু বেদগী মন্ত্র শোন্‌বা খোম্মোকশিংগী মতাঙদদি হৌজিকালগী মীতাশিংনা খজিক্ত ফাওবা চঙশন্‌বা ঙমদ্রি। অপোৰা প্রাকৃত বিজ্ঞান্না মীওইবগী পুক্সিবু মুংঙাইহন্‌বা ঙম্মোই। প্রাকৃত বিজ্ঞান্না তৌরিবদি মীওইবগী পুন্সিগী সমস্যাশিং কোক্লবদি তৌদ্রগা খুৎশেমগী পোৎচঙ হেঙ্গৎহন্নবা ঙাক তৌরি। মরমদুনা প্রাকৃত জীবন চাওখৎনবা মওংসিনা মানব-সভ্যতাগী শেরাম্নবা জাত্তা অমরোমদা মীওইববু পুননৰা তৌরি। মীওইবগী পুন্সিগী অন্তিম উদ্দেশ্যদি আধ্যাত্মিক উপলব্ধিনা ওইবা মরম্না হরিনাম কীর্তন তৌববু, মথক্তা পল্লিবগুম্না, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তৌগদবমক্কি হায়না তাকপীরম্মী। হৌজিকালগী মীশিংনা চম্না পাঙ-থোক-য়াবা লাইনীং অসি হৌজিক্কী সমাজগী জটিল অবস্থাসিদা তৌহৌবা চুম্মী।

শ্লোক ২৭

**গতয়ো মতয়শ্চৈব প্রায়শ্চিত্তং সমর্পণম্।**
**পুরুষাবয়বৈরেতে সম্ভারাঃ সম্ভৃতা ময়া ॥২৭॥**

গতঙ্ক—অরোয়বা পম্বুংকম (বিষ্ণু); মতম্ব:—দেবতাশিংবু লাংপা; চ—সু; এব—লেপ্পমক; প্রায়শ্চিত্তম্—প্রায়শ্চিত্ত; (অমাঙবা মেন্থংপা); সমর্পণম্—কখোকপা; পুরুষ—পরমেশ্বর ভগবান্; অবয়বৈঃ—ভগবান্গী হকচাঙ-কায়াৎশিংদগী; এতে—মখোয়শিনা; সম্ভারা—পোৎলমশিং; সম্ভৃতাঃ—থৌরাংথি; ময়া—ঐনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ঐহাক্না পরমেশ্বর ভগবান্গী দেহগী অবয়শিংদগী যজ্ঞগী পোৎলম চঙগদবা পুম্নমক থৌরাংথি। দেবতাশিংগী মিংকৌরগা পোলোই পম্বুং ওইবা বিষ্ণুবু কোম্থংদা ফংখি অদুগা প্রায়শ্চিত্ত অমসুং সমর্পণ মপুঙ ফাখি।

## নৈনরোল

শ্লোকসিদা হায়রিবদি পোৎলম পুম্নমক শ্রীভগবান্গী দেহদগী থোক্কপনি হায়, মহাক্কী নিরাকার ব্রহ্মজ্যোতিদগী থোক্কপা নত্তে হায়রি। যজ্ঞগী ফল ওইনা অতম্মরিবা পম্বুংদি ভগবান বিষ্ণু নারায়ণ অদুবুনি। মরমদুনা পম্বুং অসি ফংননবগীদমক ভাক্তি বেদমন্ত্রশিংনি। মতৌ অসুম্না মীওবগী পুন্সীনা মহৈ যানগদবদি নারায়ণবু পেলহন্নগা অমসুং বৈকুণ্ঠধামদা নারায়ণগা লোয়ননা সাক্ষাৎ থেংনরগদা ওইদৌবনি।

## শ্লোক ২৮

**ইতি সম্ভৃতসম্ভারঃ পুরুষাবয়বৈরহম্।**
**তমেব পুরুষং যজ্ঞং তেনৈবায়জমীশ্বরম্ ॥২৮॥**

ইতি—মতৌ অসুম্না; সম্ভৃত—পাঙথোক্লবা; সম্ভারঃ—ইছাগী পোৎলম্ লাওলগা, (সম্ভৃতসম্ভারঃ—পোৎচৈ লাওলবা); পুরুষ—পরমেশ্বর ভগবান্; অবয়বৈঃ—হকচাঙ কায়াৎশিংনা, অহম্—ঐ, তম্এব—মাদবু; পুরুষম্—পরমেশ্বর ভগবানবু, যজ্ঞম্—যজ্ঞেশ্বরবু; তেন এব—মখোয়দুনা; অয়জম্-ইরাংলী; ঈশ্বরম্—মপু মাবু।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম তৌনা যজ্ঞগী পোৎলম পুম্নমক যজ্ঞেশ্বর পরমেশ্বর ভগবান্গী হকচাঙ কায়াৎশিংদগী লৌরগা শাখিবনি অদুগা ভগবান্ মহাকপু পেলহন্নবা ঐনা যজ্ঞ তৌখিবনি।

## নৈনরোল

মী পুম্নমক্না মতম পুম্নমক্তা পুক্নীং তপ্পা (শান্তি) পাম্মী অদুগা জগৎতা শান্তি লৈবা পাম্মী, অদুবু করম তৌরগা জগত্তা করম্না মওংগী শান্তি থম্বা য়াগদগে হায়বদু খঙদে। অসিগুম্বা শান্তিদি যজ্ঞ তৌরগা অমসুং চাবা-শেংপদা লীকৃশন্না চৎলগা ফংগদবনি। ভগবদ্গীতাদা (৫।২৯) শান্তিগী মতাঙদা মথাগী পাউতাক অসি পীরি:—

**ভোক্তারং যজ্ঞতপসাং সর্ব্বলোকমহেশ্বরম্।**
**সুহৃদং সর্ব্ব ভূতানাং জ্ঞাত্বা মাং শান্তিম্ ঋচ্ছতি।**

"যজ্ঞ অমসুং তপস্যা ভোক্তানি (ভোগ তৌবা মহাক্নি), লোক পুম্নমক্কী মপুনি অমসুং জীব পুম্নমক্কী অরেপ্পা মরুপ্নি হায়না ঐবু খঙলগা শান্তি ফংগনি হায়বদি কর্ম্মযোগীশিংনা শান্তি ফংগনি। অসুম্না খঙবসিনা শুদ্ধভক্তশিংগী সঙ্গ ফংলগদি কর্ম্মযোগীবু ভগবান্গী শুদ্ধভক্ত ওইহল্লী। মতৌ অদুম্না কর্ম্মযোগীশিংনা সংসারদগী অরাম্ খুভম্ ফংবা ঙমগনি।"

প্রাকৃত জগৎকী ইহান্-হান্দা জীব ওইরিবা ব্রহ্মানা এথোয়দা যজ্ঞ করম্না তৌবা হায়বচুগী মওং তাকপিরম্মী। যজ্ঞ হায়বা ব্রাহ্মৈসিনা তাকপদি কনাগুম্বা অমগী স্বার্থ (মহাগী কান্নবা) হায়বচু অতোপ্পা অমগী পেম্নবা কখোকপা হায়বনি। থবক খুদিংমক্কী মওং হায়বচু অচুনি। মী খুদিংমক মহা মহাগী ওইজবচু (স্বার্থচু) অতোপ্পগীদমক থাদোকয়ি—অতোপ্পা হায়বসি পরিবার (ইমুং), সমাজ, সম্প্রদায় অমসুং দেশগী নত্রগা মীওইবগী সমাজ অপুম্ববু হায়রিবনি। অচুবু থাদোকপা হায়বদি যজ্ঞদি পরমেশ্বর ভগবান্গীদমক্তা তৌরগদদা যজ্ঞচু মপুঙ ফাবা ওম্মী, মরমদি ভগবান্দি জীব পুম্নমক্কী মরুপ্নি, যজ্ঞকর্তাগী রক্ষক হায়বচু মহাক্নি অমসুং যজ্ঞগী পোৎলম পুম্নমক মহাক্না পীবনি অচুগা যজ্ঞ পুম্নমক্না যজ্ঞ তৌরগা পেলহল্লিবসি ভগবান্ মহাক্তবুনি অতৈ কনা অমবু নত্তে। জগৎ পুম্নমক বিদ্যা চাওখৎনবগীদমক, সমাজ চাওখৎহন্নবগীদমক, অচুগা মীওইবগী পুল্লপ ফগৎহন্নবগীদমক শক্তি প্রয়োগ তৌরি, অচুগা কনামতনা ভগবদ্গীতানা তাক্লিবা মওংদা ভগবান্গীদমক্তা হায়চুনা যজ্ঞ তৌনীংদে (কখোক্লীংদে)। মরমচুনা জগত্তা শান্তি লৈত্রিবনি। মী পুম্নমক্না শান্তি পাম্বমক লৈরবদি মখোয়না মী পুম্বগী মপু অমসুং মরূপ ওইবা ভগবান্ মাগী পেম্নবগীদমক থাদোকদবনি।

শ্লোক ২৯

**ততস্তে ভ্রাতর ইমে প্রজানাং পতয়ো নব।**
**অযজন্ ব্যক্তমব্যক্তং পুরুষং সুসমাহিতাঃ ॥২৯॥**

ততঃ—অচুগী মতুংদা; তে—নহাক্কী; ভ্রাতরঃ—নচীম্মনাওশিংঃ ইমে—মখোয়সি; প্রজানাম্—জীবশিংগী; পতয়ঃ—মপুশিং; নব—মাপল্; অযজন্—যজ্ঞ তৌখি; ব্যক্তম্—শকুফোঙবা; অব্যক্তম্—ফোঙদোক্তবা; পুরুষম্—পুরুষশিংবু; সুসমাহিতাঃ—পুক্নীং থিংজল্লদ্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংশিরবা মচা, অচুগী মতুংদা প্রজাপতি ওইবা নওগী ভ্রাতা মাপল্না ব্যক্তসু ওইবা অব্যক্তসু ওইবা পুরুষ অচু নিয়ম চুম্না পুক্নীং চঙনা যজ্ঞ তৌখি।

নৈনরোল

ব্যক্ত (ফোঙলবা) পুরুষশিংদি স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্র অমসুং মাগী পার্ষদশিং গুম্বা দেবতাশিংচুনি; অমসুং অব্যক্ত পুরুষ হায়বসিনা পরমেশ্বর ভগবান্চুনি। ব্যক্তপুরুষশিং প্রাকৃত জগৎকী থৌ-পান্নবা প্রাকৃত ডাক্তি, অচুগা অব্যক্তপুরুষ হায়বসিনা প্রাকৃত-নত্তবনি। কলিযুগ অসিদদি ব্যক্তপুরুষ দেবতাশিংসু উবা ফংত্রে মরমদি আকাশদা কোয়বা পুঙতোক তোকৃখরে। মরমচুনা শক্তি-চেন্বা দেবতাশিং অমসুং পর পুরুষ ভগবান্ হৌজিক্কী মীওইবগী মমীত্তা ব্যক্ত ওইদরে। হৌজিককালগী মীশিংনা মখোয়গী লৈজরিবা মীৎনা পোৎ খুদিংমক উনীঙডী, অচুবু উবা ঙম্বগী মতীকচাবা হায়বচুদি মখোয় নত্তে। মচুগী ফল ওইনা দেবতাশিংসি অমদি পরমেশ্বর ভগবান্ লৈ হায়বসি থাজদে। মখোয়না প্রামাণিক ওইবা শাস্ত্রগ্রন্থশিং নৈনচুনা য়েংকম থোকয়ি, মখোয়গী মতীক-চাদবা মমীৎপু ডাক থাজকম্ থোক্তে। আধুনিক যুগ অসিদ-ফাওবা ভগবান্বু নুংশিবা (প্রেম) হায়বচু মচু শঙবদগী মতীকচাবা মীৎ ফংলবা মতমদা ভগবান্গী দর্শন ফংলি।

শ্লোক ৩০

**ততশ্চ মনবঃ কালে ঈজিরে ঋষয়োঽপরে।**
**পিতরো বিবুধা দৈত্যা মনুষ্যাঃ ক্রতুভির্বিভুম্ ॥৩০॥**

ততঃ—অতুগী তুংদা; মনবঃ—প্রজাপতি মনুশিংঃ কালে—মতম মতমগী ওইনা; ঈজিরে— লাৎলম্মী; ঋষয়ঃ— ঋষিশিং; অপরে—অতৈ; পিতরঃ—অপোকপশিং; বিবুধাঃ—লাইরিক-হৈবা পণ্ডিতশিং; দৈত্যাঃ—দৈত্যশিং, দেব-দেবী-লাৎপশিংঃ মনুষ্যাঃ—মীওইবশিং; ক্রতুভিঃ—যজ্ঞনাঃ বিভুম্—পুরুষোত্তম ভগবানবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুগী তুংদা মীওইজাতিবু পোকপা মনুশিংনা, ঋষিশিংনা, অপোকপশিংনা, লাইরিক-হৈবা পণ্ডিতশিংনা, দৈত্যশিংনা অমসুং মীওইবশিংনা পুরুষোত্তম ভগবানবু পেলহন্নবগীদমক তৌগদবা যজ্ঞশিংদু তৌখি।

নৈনরোল

দৈত্যশিংদি দেবতাশিংগী ভক্তনি মরমদি মখোয় পুক্তেন্ হেন্বা বিষয়-সম্পত্তি লাইশিংদগী পাম্মী। ভগবানগী ভক্তশিংদি 'একনিষ্ঠ' ভক্তি হায়বদি ভগবানগী প্রেম-সেবাদা লুপ্পী। মরমদুনা সংসার-বিষয়গী পোৎ নিনবগী মতম লৈতে। মখোয়গী আত্মস্বরূপ খঙবা মরম্না মখোয়দি লম্মৃমগী রাখল খন্বদগী আত্ম-মুক্তিগী রাখল্লা হেন্না খল্লী।

শ্লোক ৩১

**নারায়ণে ভগবতি তদিদং বিশ্বমাহিতম্।**
**গৃহীতমায়োরুগুণঃ সর্গাদাবগুণঃ স্বতঃ॥৩১॥**

নারায়ণে— নারায়ণ-দা; ভগবতি—পরমেশ্বর ভগবান্; তৎ ইদম— প্রাকৃত ওইবা পোত্তশিং; বিশ্বম—বিশ্বজগৎশিং; আহিতম্ —লৈ; গৃহীত— লৌরবা; মায়া— মায়া (প্রাকৃত শক্তি), উরু-গুণঃ- গুণ চাউবা, সর্গ আদৌ সৃষ্টিনচিংবা; অগুণঃ—প্রাকৃতগুণশিংগা শম্নদবা; স্বতঃ -মথন্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ নারায়ণগী মনুঙদা বিশ্ব অসি লৈবনি। ভগবান্না মথন্তনা প্রাকৃতগুণশিংগা শম্নদ্রবসু সৃষ্টিনচিংবদা ব্রহ্মা-রুদ্রগী রূপ লৌদুনা মায়াগী থোঙদা মহৎ গুণশিং লৌয়ি।

নৈনরোল

নারদ মুনিনা ব্রহ্মাদা সৃষ্টিরক্ষাগী মরমদা হংখিবা রাহংগী পাউখুম মতৌ অসুম্না পীরম্মী। প্রাকৃত বিজ্ঞান-হৈবশিংনা কারক উবগুম উরিবা প্রকৃতিগী থবক ময়াম অমসুং মখোয়গী ফলশিংদু সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী অরোয়বা থাকী সত্যনি। মায়া শক্তিসি ভগবানগী শক্তিনি; শক্তিসি মতম মতমগী ওইনা বিষ্ণু, ব্রহ্মা অমসুং শিবগী রূপ্তা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃগুণ অদুম লৌদুনা উৎলী। ভগবান্না মতম পুম্নমক্তা মায়িক কর্ম্মগী রাংমদা লৈরবসু মায়াশক্তিদি ভগবানগী মিৎয়েং মখাদা থবক তৌরিবনি। ইনাক্ খুনবা মী অমনা মহাক্কী মনল মধুমগী মশক ওইবা শক্তিদু শীজন্নদুনা যুমজাও অমা শাই অদুগা মতৌ অদুম্না মাগী মরল শীজন্নদুনা যুমজাওদু শীলোকয়ি, অদুবু পালনগী থবক্তি মহাক্কা অদুম য়েংঙী। ভগবানদি লল্লেবশিংগী মকোক্কি মরমদি ভগ (লন) তরুক্কা মতম পুম্নমক্কা মপুঙ ফানা লৈবনি। মরমদুনা মহাক মছামক্কা করিমতা তৌবা তাদে, অদুনা প্রাকৃত জগত্তা মহাক্কী ইচ্ছা অমসুং য়াথংতনা থবক খুদিংমক ওইবনি। মরমদুনা প্রাকৃত জগৎ পুম্বা পরমেশ্বর নারায়ণগী মনুঙদা লৈবনি। পরতত্ত্ববু নিরাকারনি হায়বসে খঙবা রাৎপদগীনি, রাফমসি বিশ্ব সৃষ্টি তৌরনি হায়নরিবা ব্রহ্মামক্কা য়াম্না শেংনা তাকপিখি। বৈদিক জ্ঞান লৈবা মরক্তম ব্রহ্মান্না মকোক্কি, মতাঙ অসিদদি মহাক্কী রানা খ্রাইদগী অথোইবা রানি।

## শ্লোক ৩২

**সৃজামি তন্নিযুক্তোঽহং হরো হরতি তদ্বশঃ ।**
**বিশ্বং পুরুষরূপেণ পরিপাতি ত্রিশক্তিধৃক্ ॥৩২॥**

সৃজামি—লৈশেম্মী, সৃষ্টি তৌয়ি; তৎ—মহাক্না; নিযুক্তঃ—হাপ্লা ওইদুনা; অহম্- ঐনা; হরঃ—শিব মহাদেবনা; হরতি—প্রলয় তৌয়ি; তৎ-বশঃ—মাগী মথা পে.ন্দুনা; বিশ্বম্—বিশ্ববু; পুরুষ—পরমেশ্বর ভগবান্; রূপেণ—মাগী রূপ অদুনা; পরিপাতি—ঙাকশেল্লী (পালন তৌয়ি); ত্রিশক্তি-ধৃক্ – শক্তি অহুমগী মপু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ইচ্ছানা ঐহাক্না সৃষ্টি তৌয়ি, শিব মহাদেবনা প্রলয় তৌয়ি, অমসুং মহাক মচ্ছামক্না পরমেশ্বর ভগবান ওইনা লৌবা রূপ অদুদা পূম্নমক পালন (ঙাক-শেন্‌বা) তৌয়ি। মহাক সৃষ্টিনচিংবা শক্তি অহুমগী মপুনি।

### নৈনরোল

অমখক্তনি অনী শুদে (একমেব অদ্বিতীয়ম্) হায়বা ৱাফমদো মফমসিদা তাক্লিবনি। অমতা ঙায়বা হায়বসে ভগবান্ বাসুদেবনি; মাগী মখল মখাগী শক্তিশিংনা অমসুং অবতারশিংনা প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা লোক পূম্নমক্না সৃষ্টি মখল পূম্নমকপু পালন তৌরি। প্রাকৃত জগত্তসু বাসুদেব ঙাক্লি হায়বসি ভগবদ্গীতানসু হায়রি (৭।১৯)। বাসুদেবঃ সর্ব্বং ইতি—লোইনমক বাসুদেব ঙাক্লি। হায়রিবা বাসুদেবসিমক্না পরতত্ত্বনি হায়না বেদনসু হায়রি। বেদদা হায়রি- বাসুদেবাৎ পরোব্রহ্মন্ ন চান্যোঽর্থোঽস্তি তত্ত্বতঃ -অওইবমক বাসুদেবদগী হেন্‌বা অতৈ তত্ত্ব অমা লৈত্রে। ৱাফম্‌সি শ্রীকৃষ্ণমক্না ভগবদ্গীতাদা হায়রম্মী (৭।৭)- মত্তঃ পরতরং নান্যৎ "ঐগী (শ্রীকৃষ্ণগী) ইথক্তা অমা লৈত্রে।" মরমসিনা নিরাকারবাদীশিংনা য়াম্না কাহেন্না কন্না হাযরিবা বাসি ভগবদ্ভক্ত সাকারবাদীশিংনসু য়ারিবা ৱানি। খেন্নবা হায়ববু নিরাকারবাদীনা পরতত্ত্বসিগী ব্যক্তিত্ব লৈতে হায়বা অদুগা ভক্তনা ভগবান্দি সাকার ব্যক্তিনি হায়বা—অসিতনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না নৈনরিবা শ্লোকসিদা ৱাফম অসি ব্যাখ্যা তৌরিঃ—বাসুদেবদি অদ্বয়তত্ত্বনি (অমতা ঙায়বা অনীশুদবনি), অদুবু মহাক্তি শক্তি পূম্নমক্কী মপু ওইবনিনা মহাক মচ্ছামকপু প্রকাশ-বিলাস-নচিংবা ওইদুনা শক্‌ফোঙবা ঙম্মী অমসুং মহাক্কী সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবদু ময়ামদা উৎপা ঙম্মী। ভগবান্ মফমসিদা সর্ব্বশক্তিমান্নি হায়না বর্ণনা তৌরি (ত্রিশক্তিধৃক)। মাগী শক্তিশিংসি মুখ্য ওইনা অন্তরঙ্গা, বহিরঙ্গা অমসুং তটস্থা হায়বা শক্তি অহুম্নি। বহিরঙ্গা শক্তিসিসু সত্ত্ব, রজঃ তমঃ হায়বা গুণ অহুমদা ফোঙদোকয়ি। মতৌ অদুগুম্না অন্তরঙ্গ শক্তিসু অপ্রাকৃত গুণ অহুমদা—সম্বিৎ সন্ধিনি, অমসুং হ্লাদিনী হায়না উৎলী। তটস্থা শক্তি হায়বদি জীবশক্তিসু দিব্যনি (প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্)। অদুবু জীবশিংদি ভগবানুগা থক মান্নদে। ভগবান্দি নিরন্ত-সাম্য-অতিশয় হায়বদুনি; অমরোমদা হায়রগা পরমেশ্বর ভগবানুগা মান্নবা নত্রগা মঙোন্দগী হেন্‌বা অমতা লৈতে। মরমসিনা ভগবান্ ব্রহ্মা অমসুং শিব য়াওনা জীব পূম্নমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মখা পোনবা ঙাক্লি। প্রাকৃত জগত্তসু মাগী নিত্য ওইবা বিষ্ণুরূপ অদুদা মহাক্না ব্রহ্মা-শিবনচিংবা দেবতা পূম্নমক্কী থৌরাং পূম্নমক পালন অমসুং নিয়ন্ত্রণ তৌয়ি।

## শ্লোক ৩৩

**ইতি তেঽভিহিতং তাত যথেদমনুপৃচ্ছসি ।**
**নান্যদ্ভগবতঃ কিঞ্চিদ্ভাব্যং সদসদাত্মকম্ ॥৩৩॥**

ইতি—অসুম্না; তে—নঙোন্না; অভিহিতম্—হায়খি; তাত—মুংশিবা ইচা; যথা—শুম্না; ইদম্—মসি; অনুপৃচ্ছসি—নঙনা হংগিবা; ন—নত্তে; অন্যং—অতোম্না; ভগবতঃ—ভগবান্দগী; কিঞ্চিৎ—খজিত্তুং; ভাব্যম্—খল্লভাই ওইবা; সৎ—থোরকফম; অসৎ—থোরকপা পোৎ; আত্মকম্—মরমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইপাগী ইবুংঙো, নহাক্না ঐঙোন্দা হংখিবা মা পুম্নমক্কী পাউথুম মতৌ অসুম্না পীরবনি। লৈরিবা পুম্নমক (কারণ-থোরকফম, অমসুং কার্য্য—থোরকপা ফল, প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জগৎশিংদা লৈরিবা পুম্বা) ভগবান্দগী ওইরকপা ঙাক্তনি।

নৈনরোল

ভগবান্গী শক্তি ময়াম প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত ওইবা মৎংদা উৎলকপদা সৃষ্টি মপুঙসি অহানবদা সৎ (কারণ থোরকফম) অদুগা মতুঙদা অসৎ (কার্য্য—থোরকপা ফল) ওইনা চৎথরিবনি। অদুবু থোরকফম মরূদি পরমেশ্বর ভগবাননি। মূল কারণসিনা অতৈ কার্য্যশিংগী থোরকফম্নি। মতৌ অসুম্না স্বায়ী (লেঙদবা) নত্রগা মতম খরদগী ওইনা লৈবা পোৎ খুদিংমক অমুক কারণ ওই অমুক কার্য্য ওই। পরমেশ্বর ভগবান্দি পুরুষ পুম্নমক্কী অমসুং শক্তি পুম্নমক্কী ইহান হানবা কারণ (থোরকফম) ওইবনিনা মহাকপু থোরকফম পুম্বগী থোরকফম (সর্ব্বকারণ কারণম্) অদুনি হায়না ব্রহ্মসংহিতানসু ভগবদ্গীতানসু হায়। ব্রহ্মসংহিতানা হায়রি (৫।১):—

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।**
**অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥**

ভগবদ্গীতাদা (১০।৮) হায়রি :—

**অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে।**
**ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধাঃ ভাবসমন্বিতঃ॥**

মরমসিনা আদিকারণ (ইহান্-হানবা থোরকফম) অদুদি বিগ্রহনি (সবিশেষনি) অদুগা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতি (মঙান ওইবা ব্রহ্ম) অদুনা পরব্রহ্ম ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকপনি।

শ্লোক ৩৪

**ন ভারতী মেঽঙ্গ মৃষোপলক্ষ্যতে ন বৈ কচিন্মে মনসো মৃষা গতিঃ।**
**ন মে হৃষীকাণি পতন্ত্যসৎপথে যন্মে হৃদৌৎকণ্ঠ্যবতা ধৃতো হরিঃ॥**

ন—নত্তে; ভারতী—বা; মে—ঐগী; অঙ্গ—হে নারদ; মৃষা—ওইদবা; উপলক্ষ্যতে—থঙনৈ; ন—নত্তে; বৈ—লেপ্পমক; কচিৎ—করিগুম্বা মতমদা; মে—ঐগী; মনসঃ—পুক্নীংগী; মৃষা—ওইদবা; গতিঃ—খোঙচৎ; ন—নত্তে; মে—ঐগী; হৃষীকাণি—ইন্দ্রিয়শিং; অতন্তি—পুৎথে; অসৎপথে—তুংকোইদবা পোত্তা; যৎ—মরমদি; মে—ঐগী; হৃদা—থম্মোই; ঔৎকণ্ঠ্যবতা—খোরাংনা, পাম্নরা; ধৃতঃ—চেংনা পায়রে; হরিঃ—পরমেশ্বর ভগবান্।

মৈতৈলেন্দো হন্দোকপা

হে নারদ, ঐনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিগী চরণবু চেংনা খোরাংনা পায়জবা মরম্না ঐ ঙাঙবা বাহৈ অমতা ওইদবা ওইদে। মরমদুনা ঐগী পুক্নীংগী খোঙচৎসু হোৎবা লৈতে। তুংকোইদবা সংসারগী বিষয়দা থিংজনবা হায়বদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু কদৌঙৈদসু চিংখত্রি।

নৈনরোল

মারদগী ব্রহ্মদা বৈদিক জ্ঞান ইহান হান্না তাকপদি ব্রহ্মানি, অদুগা নারদনা মহাক্কী শিষ্য পরেং ব্যাস-দেবঅচিংবগী মচীন্দা জগৎ পুম্বদা বৈদিক জ্ঞান অসি য়েন্থোকপনি। বৈদিক জ্ঞান-তুংইন্‌বশিংনা ব্রহ্মাজীগী বচনশিংবু পুমচুম চুম্বনি হায়না লৌয়ি অদুগা দিব্য জ্ঞানবু শিষ্য পরম্পরা ৎইনা অনাদি কালদগী জগৎ পুম্বদা শন্দোকখি। ব্রহ্মাদি প্রাকৃত জগৎসুংদা মপুঙফানা মুক্ত-ওইবা জীবনি, অদুনা আত্ম-বিদ্যাগী থরাই-য়াওবা বিদ্যার্থী খুদিংমক্না ব্রহ্মানা হায়বা বাবু লেঙদবনি হায়না লৌগদবনি। বৈদিক জ্ঞানদি অবর্থ্যনি (লেঙদবনি) মরমদি মসি ব্রহ্মাদগী থম্নুং যৌনা সাক্ষাৎ ওইনা ভগবা ন্না তাকখিবনি। ব্রহ্মাদি মপূঙফাবদা মকোক ওইবা জীবনিনা মহাক্কী বচন-দি ময়েক চুম্না চুঙনি। মাগী বচন চুম্মী হায়বগী মরমদি ব্রহ্মাদি ভগবদ্ভক্ত অচৌবা অমনি, মানা ভগবানগী থোঙ-থম্বান পরমসত্তানি হায়না লৌয়ি। ব্রহ্মানা খোমজল্লম্বা ব্রহ্মসংহিতাদা মহাক্না "গোবিন্দম্ আদি-পুরুষং তম্ অহং ভজামি—আদি (ইহান হান্‌বা) পুরুষ গোবিন্দবু ঐনা লাৎচরি" হায়বা সুত্রসি হন্না হন্না হায়রি। মহাক্কি পরমেশ্বর ভগবান্ গোবিন্দগা অন্তরঙ্গ সম্বন্ধ লৈবনিনা মহাক্না ফিভম হোংদবা মতমদা ব্রহ্মানা হায়বা বা, মানা থন্‌বা বাথল, অদুগা মানা তৌবা খুদিংমক অচুম্বা ঙাক্তি হাযনা লৌকম থোকয়ি। ভক্তগী প্রেমসেবাবু তরাম তন্নাম লৌবিহৈবা শ্রীগোবিন্দনা মাগী ভক্তশিংনা ঙাঙবা বা অমসুং তৌথোরকপা থবক পুম্নমক শোয়দনবা শেন্নবী। ভগবান্না গীতাদা লাউথোকখি (৯।৩১)—"কৌন্তেয় প্রতিজানীহি—হে কুন্তীনা পোকপা অর্জুন, মসি লাউথোকউ।" লাউথোকউ হাযনা ভগবান্না অর্জুন্দা হায়রম্মী; করিগী হায়রিবনো? মরমদি করি করিগুম্বা মতমদা গোবিন্দ মন্থামক্না লাউথোকপদি সংসারীমা ওন্ন-তৈনবা ওইনা লৌবা য়াওযি, অদুগা ভগবদ্ভক্তনা ঙাঙবা বাদি ওন্ন-তৈনবা ওইনা থক লোদে। ভগবদ্ভক্তগী বাদি লেম্না মাঙদনবা হায়দুনা ভগবান্না শেন্নে। মরমদুনা গুরু-শিষ্য পরম্পরা নাইবা ভক্ত অমগী সেবা তৌবদি সাধনভক্তিগী অহান্‌বা থোঙজঙনি। ভক্তশিংদি মতমপুম্বদা মুক্ত ওইবনি, মুক্তনি হায়দুনসু মথোয় নির্ব্বিশেষ নত্তে। ভগবান্দি নিত্যপুরুষনি (সবিশেষনি) অমসুং মাগী ভক্তসু সবিশেষনি। ভক্তগী সেবাবু ভগবান্না ভক্তগী ইচ্ছা তুংইন্না লৌবিবা মরম্না ভগবানসু মাগী চিন্ময় বিগ্রহ মূর্ত্তি অদুদা মপুঙ ফানা লৈ। ভক্তগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক ওইদবা সংসার সুখনা চিংবা ঙমদে। ভক্তনা তৌবা থৌরাং পুম্নমক অমত্তা মাঙদে, মরমদি মানা ভগবান্‌গী সেবাদা থরাই হৌকচল্লী। মসি ভক্তগী সিদ্ধি অমসুং মুক্তি হাযবদো। ব্রহ্মাদগী হৌরদুনা মীওইবগী মঙুদা জীব খুদিংমক আদিঅনাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা থরাই হৌকচল্লবদি মহাক মুক্তিগী মায়কৈ পাংলবনি। বাযমসি ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা (১৪।২৬) হায়—

**মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে।**
**স গুণান্ সমতিত্যৈতান্ ব্রহ্ম-ভূয়ায় কল্পতে ॥**

মরমদি কনাগুম্বা অমনা পুক্নীং লোড়দবমখৈ ভক্তিগা লোয়ননা ভগবান্‌বু সেবা তৌরবদি মহাক বাহৈদা অমসুং তৌথোরকপা থবক্তা মতমপুম্বগী ওইনা লেঙদবা ওইগনি। মরমদি পরব্রহ্মদি অদ্বয়তত্ত্বনি (অনী ওইদবনি), অদুনা অদ্বয়তত্ত্বগা শম্নবা মীদুদি চিন্ময়গুণ অদু অদুম যংঙে। অমরোমদা হায়রগা প্রাকৃত বিজ্ঞানগী মতেংনা অদুগা পরব্রহ্মগদি সম্বন্ধ লৈতনা থল্লুবা বাথল পুম্নমক ওইদবা অমসুং কায়রবা ওইবদি শোয়দ্রে। ভগবান্‌গা মরী-লৈনদবা বাহৈশিং থবকশিংদি মায়িক দৃষ্টিদা য়াম্না ফজবা ওইররসু থাজনীঙাই কদৌঙ্কেদসু ওইদে। মমল-য়াম্নবা শ্লোকসিগী অর্থদি অদুনি। ভক্তি মক্ক অমনা [illegible] শূক্লে লৈতবদগী য়াম্না হেন্না ফৈ।

শ্লোক ৩৫

**সোঽহং সমাম্নায়ময়স্তপোময়ঃ প্রজাপতিনামভিবন্দিতঃ পতিঃ।**
**আস্থায় যোগং নিপুণং সমাহিতস্তং নাধ্যগচ্ছং যত আত্মসম্ভবঃ ॥৩৫॥**

সঃঅহম্—ইহামক (ব্রহ্মা); সমামনায়ময়ঃ—বেদদা লুপ্পা; তপোময়ঃ—তপ কয়া তৌবা; প্রজাপতিনাম্—জীবশিংগী মপামপুশিংগী; অভিবন্দিতঃ—খুরুম্নঙাই ওইবা; পতিঃ—মপু; আম্বায়—তৌদুনা; যোগম্—যোগ; নিপুণম্—হৈশিংবা; সমাহিতঃ—খবাইয়াওনা; তম্—পরব্রহ্মবু; ন—নত্তে; অধ্যগচ্ছম্—চপচানা খঙত্রী; যতঃ—মঙোন্দগী; আত্মা—ইহামক; সম্ভবঃ—পোকখিবনি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাকসে বেদ-খঙবা ব্রহ্মা হায়না খঙনরবস্নু, অদুগা তপ তৌবদা মহৈ য়াম্বা ওইরবস্নু, অদুগা প্রজাপতিশিংগী খুরুম্নফম্ মপু ওইরবস্নু, অদুগা পুক্নীং লোংদবমখৈ তৌদুনা যোগ হৈরবস্নু, ঐবু পোক্পিবা ভগবান্ মহাকপু মুম্না খঙদে।

## নৈনরোল

ব্রহ্মাওসিদা লৈবা জীব পুম্নমক্কী মকোক ওইবা ব্রহ্মানা বেদ য়াম্না খঙনা খঙনা অদুগা তপ-যোগগী শক্তি লৈনা লৈনা অমসুং আত্ম উপলব্ধি তৌবা অমা ওইনমক অমসুং জীবশিংগী মপামপু প্রজাপতিশিংনা লাংচরিবা অমা ওইম ওইনমক মহাক পরমেশ্বর ভগবান্‌বু মুম্না খঙবা ঙমদে। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্ খঙননবগীদমক্তি ব্রহ্মাগী গুণশিংসিনা ওকপা নত্তে। ব্রহ্মাজিনা মথবাই য়াওনা ভগবানবু সেবা তৌগে হায়না হোৎনবা মতমদুদদা (হৃদৌৎষ্ঠ্যববতা) মানা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু খরদং খঙত্রী। মরমসিনা ভগবান্‌বু সেবা তৌনীঙবগী উৎকণ্ঠদু লৈবতনা খঙবা ঙমগনি প্রাকৃত-বিজ্ঞানগী মীনা, জ্ঞানীনা যোগীনা চেন্‌জবা গুণশিংগী মপান্না খঙবা ঙম্মোই। য়াকমসি ভগবদ্গীতানা প্রমাণ তৌরি (১৮।৫৪-৫৫):—

> ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন শোচতি ন কাঙ্ক্ষতি।
> সমঃ সর্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্॥
> ভক্ত্যা মাং অভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।
> ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্॥

বেদ-জ্ঞান অমদি তপ নচিংবা অৱাংবা থাক্কী গুণশিং চেন্দুনা আত্মা-উপলব্ধি তৌবনা ভক্তিগী লম্বীদা মতেঙ পীবা য়াই। ভক্তি লৈত্রবদি সিদ্ধি ফংবা ঙম্মোই মরমদি আত্মা-উপলব্ধিগী অবস্থাদফাওবা কনামতনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু চপচানা খঙবা ঙমদে। আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা মীতুদি ভক্ত ওইবদা মতীক চারে অমসুং ভক্তদুনা ভক্তিগী মপান্না (ভক্ত্যা) অসুম অসুম অকারম্ ফংলত্তুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু খঙবা ঙমগনি। অদুম ওইনমক 'বিশতে—মন্নুংচঙবা' হায়বা শব্দসিনা ভগবান্দা লুপশনবগী বা হায়রিবমাল্লে হায়না শেরান্নন লৌগদবা নত্তে। প্রাকৃত অবস্থাদফাওবা ভগবান্দা জীব খুদিংমক তিল্লিবনি। কনাগুম্বা সংসারী অমতনা জড়াপ্রাকৃতদগী লীৎথোরক্পা ঙমদে মরমদি মাগী আত্মাদু ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা প্রকৃতিদা লৈরিবনি। শঙোমদগী মাথন শুংবা হৈতবগুম্ প্রাকৃতগুণ চেল্লগা জড়া প্রকৃতিদগী আত্মাবু খাইদোকপা কনাস্নু ঙম্মোই। ভক্তিগী মপান্না (ভক্ত্যা) 'বিশতে' ওই হায়বগী অর্থদি ভগবানগী পার্ষদ ওই হায়বনি। ভগবান্‌গী মফমদা ভক্তি লৈবা হায়বগী অর্থদি সংসার মায়া লাংদগী লাম্থোকপা, অদুদগী মাগুম্বা অমা মান্না মাগী ধামদুদা চঙবা হায়বনি। কনাগুম্বনা মাগী ব্যক্তিত্ব মাঙহন্দুনা ভগবান্দা তিন্‌বা হায়বদু ভক্তিযোগগী হায়বদি ভগবদ্ভক্তশিংগী লক্ষ্য নত্তে। মুক্তি মখল মঙানি, মথোয়দুগী মন্নুঙদা অমদি সাযুজ্য মুক্তি হায়বদি ভগবান্‌গী মন্নুঙদা হায়বদি দেহ মন্নুঙদা লুপ্পনি। অতৈ মুক্তিগী মওংদদি অণু-আত্মাগী মশক অদু তোঙান্না অদুম লৈ অমদুং ভগবান্‌গী অপ্রাকৃত সেবা

তৌথুনা লৈ। ভগবদগীতা শ্লোকশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা 'বিশতে' হায়বা বাহৈসিদি মুক্তি মখল অমত্তুবু পাবদবা ভক্তশিংগীদমক হায়রিবি। ফীভম অমদা খঙদে অমদা খঙদে লৈরবদু ভক্তনা পেনজবদি ভগবান্‌গী সেবা তৌরগদবনি।

ব্রহ্মাজিদি ইহান-হান্‌বা জীবনি, মহাক বৈদিক জ্ঞান ভগবান্দগী ফংখি (তেনে ব্রহ্মহৃদা য আদি কবয়ে)। মরমসিনা ব্রহ্মাদগী হেন্না হৈবা বেদান্তী কনা লৈগদগে? মানা বেদ মপুঙ ফানা হৈরবা ফাওবদা মহাক ভগবান্‌গী মহিমা লোইনা খঙবা ঙমদে হায়না য়ারি। ব্রহ্মাদগী হেন্না হৈবা কনাঅমত্তা লৈতবা মরম্না বেদান্তীনি হায়জবা শাবা কনান্না পরতত্ত্ববু মপুঙফাবা খঙবা ঙমগদৌরিবনো? মরমসিনা বেদান্তী অমনি হায়জশারিবা মীথুনা ভক্তিবেদান্তগী হায়বদি বেদান্তগা ভক্তিগা অনীমক্তম শিক্ষা ফংজবদি ভগবান্‌গী থামদা চঙবা ঙম্মোই। বেদান্তগী অর্থদি আত্মা-উপলব্ধি হায়বনি অমহগা ভক্তিগী অর্থদা ভগবান্‌বু খরগী মথৈ খঙবা (উপলব্ধি তৌবা) হায়বনি। কনামতনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু মপুঙফানা খঙদে, অদুবু খরগী মথৈদি পরতত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবান্‌বু ভক্তিনা অমত্তুং আত্ম সমর্পণন্না উপায় ওইরগা খঙবা ঙম্মী, অতৈ উপায়নদি ঙমদে। ব্রহ্মসংহিতাদসু হায়রিবনি মদুদি 'বেদেষু দুর্লভম্' হায়বদি বেদান্ত হৈবত্তনা ভগবান্ লৈফম খঙবা ঙমদে, অদুবু ভগবান্দি 'অদুর্লভম্ আত্মভক্তৌ' হায়বদি মাগী ভক্তনদি য়াম্না লায়না ফংঙী। মরমসিনা ব্যাসদেবনা বেদান্তসূত্র খোমজিনগদা পেন্নদুনা মাগী গুরু নারদগী পাউতাক মতুং ইন্না বেদান্তগী অওইবা অর্থ খঙননবা শ্রীমদ্ভাগবতম্ লেংখিবনি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতমসি পরতত্ত্ববু খঙননবা অমত্তা ঙাযবা পান্দৈনি।

শ্লোক ৩৬

**নতোঽস্ম্যহং তচ্চরণং সমীয়ুষাং ভবচ্ছিদং স্বস্ত্যয়নং সুমঙ্গলম্।**
**যো হ্যাত্মমায়াবিভবং স্ম পর্য্যগাদ্ যথা নভঃ স্বান্তমথাপরে কুতঃ॥৩৬॥**

নতঃ—খুরুম্না হায়বদু; অস্মি—ওই; অহম্—ঐনা; তৎ-চরণম্—মাগী খোঙদা; সমীয়ুষাম্—মহাবু কংথোক্লবশিংগী; ভবৎ ছিদম্- হন্না হন্না পোকপা অমসুং শিববু তোকহনবা; স্বস্তি-অয়নম্—নুংঙাইবগী মশক ওইবা; সুমঙ্গলম্—মঙ্গলগী মশক ওইবা; যঃ—মহাক; হি—লেপ্পমক; আত্ম-মায়া—মহাগী শক্তি; বিভবম্—মতীক ময়াই; স্ম—লেপ্পমক; পর্য্যগাৎ—চাং লেপ্পা ঙমদে; যথা—গুম্না; নভঃ—অতিয়ানা; স্ব অন্তম্—মহাগী ঙমখৈ, অথ—মরমদুনা; অপরে—অতৈনা; কুতঃ—কদায়দগীনো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা, পোকপা-শিবদগী নান্থোকহন্‌বা ঙম্বা মাগী (ভগবানগী) খোঙচৎদা ঐ ইছাবু কংথোকচবনা মফরে। মসুন্না কংথোকপদি মঙ্গল পুম্বগী মশক্তি অদুগা কংথোকচবা মীথুবু নুংঙাইবা পুন্নমক ফংহল্লি। অতিয়া ফাওবা মাগী ঙমখৈগী চাং লেপ্পা ঙমদে। মরমদুনা ভগবান্ মহামক্তা মাগী সীমা লাম্বা ঙমত্রফাওবা অতৈ কনানা কদায়দগীনো ঙমগদৌবা?

নৈনরোল

লাইহরিক-হৈবা বিদ্বান্ মকোক, হোতা মকোক, তপস্বী মকোক, যোগসিদ্ধলক্তা মকোক ওইরিবা ব্রহ্মাজিনা জীবশিংগী আদিগুরু ওইনা তাকপিরবদি অসিনি মদুদি সংসারগী মৈচাকশিংগী মুক্তি ফংথুনা আত্ম-উপলব্ধি ফাওরা ঙমবগীমক সাধক খুদিংমক্তা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী খুয়াখাদা মহাবু কংথোকদবনি। ব্রহ্মাবু পিতামহ (মবুধৌ) হায়না খঙনৈ। মহা অমসা মাগী তৌগদবা থবকী মরমদা অখঙবা মপাগা তানৈ। মরমসিনা মপাদো পাউত্তাক-পীবা ঙম্বা অমনি হায়বসি মহানা তাবা য়ানি। অদুগা ব্রহ্মাদি মপা ওইবা লোইনমক্তী মপা

হায়রবনি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী লোক খুদিংমক্তা লৈরিবা মানব জাতিগী (মীওইবশিংগী) মপা মনুগী মপা পোকপা মপুনি। মরমসিনা করিগুম্বা লৈত্রবা মর্ত্যলোকসিগী মীশিংনা ব্রহ্মাজীগী পাউভাকসি লৌরদুনা অমসুং ভগবান্‌গী শক্তি কয়া য়াম্মী হায়বহু চাংদম্নবা হোৎনরুদোগী শব্দকপুদি ব্রহ্মাগী পাউভাক মতুং ইন্না ভগবান্‌গী খুয়াদা আত্মসমর্পণ তৌবনা (মহাবু কখোকচবনা) হেন্না কৈ। বেদশিংদা হায়রবগুম্না ভগবান্‌গী শক্তিশিংদি শীঙলাকপা ঙম্বা নত্তে। পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে স্বাভাবিকী জ্ঞান-বল-ক্রিয়া চ (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ্ ৬/৮)। মহাক পূম্নমক্কী চাউবনি, জীব পূম্নমকী মকোক ওইবা ব্রহ্মানচিংবা অতৈ পূম্নমক্না ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌবা হায়রবসি খ্বাইদগী হেন্‌বা থবক্কি হায়রবসি মানরবনি। মরমসিনা খঙবা বাৎপা মীভাশিংদনা মখোয় মহা মহাবু মা মানা উরিবা লমদমগী মপুনি হায়জবনি। মখোয়মনবু করি উবা ঙমজবগে ?- অপীকৃপা ব্রহ্মাণ্ড অমগী অপীকপা আকাশ অমগী পাক-চাউবা ফাওবা লাকপা ঙমজদবা মখোয়নি। প্রাকৃত বিজ্ঞানগী বৈজ্ঞানিকশিংনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী ইরাং-বাংবা লোক অহু য়ৌনব-গীদমক স্পুটনিক অমদা ত্তোংলগা পুথিরবদা মহাক চহী লীশীং মরী হিংবা ত্তাবনি। বাফমসিগুম্বা খোম্না শাগৎপা মনুঙভাই অমনি, মরমদি কনামত্তম্বু চহী লীশীঙ মরী হিংবা হায়বহুদি ওইথোক্তবনি। অহুগা নোংথক্কী শাথৌবহুনা কোয়রুরগা হল্লকপা মত্তমদা মাবু খ্বাইদগী হেন্‌বা নোংথক-শাথৌবনি ওকৃপীনবা মাগী মরূপ মপাঙ অমত্তম্বু লাক্লরোই, হৌজিকান্দা তৌনরিবা মতাগুম্না। ঈশ্বরবু থাজদবা বৈজ্ঞানিক অমনা মাগী সাংসারিক জীবনগীদমক উদ্যোগ কয়া কয়া তৌবদা থরাই মাওহুনা জীবশিংবু কম্নবা হায়হুনা অনা লাঙ্গৈযেত্ত শঙ অমা লিংখৎলী। লাঙ্গয়েঙশঙ অসি লিংলবা মতুঙদা থা তরুক লৈরগা মা মহামক শিথি। যোনি লক্ষ ৮৪ দা চঙহুনা দেহ মথল মথল ফংলুববা মতুঙদা ফংলবা মীওইবগী পুন্সিবু আর্থিক অমসুং বৈজ্ঞানিক উন্নতিগীদমক্কি হায়হুনা খুৎশেমগী পোৎ হেঙ্গৎহল্লগা য়ুম্বানবগী নুংঙাইবা থিহুনা অরেম্বদা মাঙহন্‌বা চুমদে। অহুগী শব্দকপুদি পুন্সিগী অরাবা পূম্নমক কোরুবা ভগবানগী খুয়াদা চঙজগদবনি। বাফমসি শ্রীকৃষ্ণ মহামক্না তাক্লম্বহু ভগবদ্গীতাদা য়াওরিবনি। বাযমসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দসু জীবশিংগী পরম পিতা ব্রহ্মামক্না তাক্লম্লিবনি।

ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ অনিমক্তা তাক্লিবা আত্মসমর্পণ বাযমসি শাস্ত্র অতৈনসু তাক্লিবনি। বাফমসিবু য়ানীংদহুনা লৈরিবা মীদো শোয়দনমক প্রকৃতিগী নিয়মদগী নাম্থোকপা য়ারোই। জীবদি মাগী স্বরূপকী মতুং ইন্না মনিঙ তম্বা ঙমদে। মহাক ভগবান্দরা নত্রগা প্রকৃতিদরা অমদা আত্ম-সমর্পণ তৌগদবনি। প্রকৃতিসু ভগবান্‌গী মথা পোন্‌বনি, মরমদি ভগবান্ মহামক্না প্রকৃতিবু 'মম মায়া' হায়বদি মহামক্কী শক্তিনি হায়রিবনি (গীতা ৭।১৪) অহুগা মে ভিন্না প্রকৃতিরষ্টধা' হায়বদি 'ঐগী প্রকৃতি নীপাল থোক্না খায়দোকয়ি হায়রিবনি (গীতা ৭।৪)। মরমসিনা প্রকৃতিবু ভগবান্না নিয়ন্ত্রণ তৌয়ি, মরমদি ভগবদ্গীতাদা (৯।১০) "ময়াধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে সচরাচরম্— ঐগী য়াথং তুংইন্না প্রকৃতিনা থবক তৌরিবনি অমসুং অচৎ-চত্না পূম্নমক লৈরিবনি" হায়বসি ভগবান্না হায়থিবা বাফম্নি। জীবশিংনা জড়া প্রকৃতিদগী হেন্‌বনিনা ভগবান্দা নৎত্রগা প্রকৃতিদা চঙগদরা হায়বহু জীবশিংদি মথন্তনা লেপচবা ঙম্মী। ভগবান্দা মহাবু জীবনা কৎথোকচরবদি নুংঙাইবা অমসুং মুক্তি ফংগনি অহুগা প্রকৃতিদা কংথোকচরগনা অৱাবা ফংগনি। মরমদি অৱাবা লোম্বা হায়বদি ভগবান্দা কৎথোকচবা হায়বনি, মবমদি কংথোকপা হায়বহুমক 'ভবচ্ছিদম্' (সংসার মৈচাক পূম্নমক কোকপা), স্বস্ত্যায়নম্ (নুংঙাইবা ফংবা), অমসুং 'সুমঙ্গলম্' (য়াইফবা থবক্কী থোরকফম্) হায়রবহুনি।

মরমসিনা মুক্তি, আনন্দ অমসুং মঙ্গল ফংবদি ভগবান্‌গী মফমদা ইহাবু কৎথোক্লগনি, মরমদি ভগবান্না মপূঙফাবা মুক্তি, আনন্দ অমসুং মঙ্গল হায়রবহুনি। অসিগুম্বা মুক্তিগা আনন্দগদি ঙমথৈ মাইদবদি, মখোয়সি আকাশতগী হেন্না শীঙলাকপা ঙম্‌দমথৈ চাউরবহু আকাশগা চাংদন্নে। ঐথোয়না

লৈরিবা মতাংগসিদদি চাউবগী বাসি আকাশগা চাংনম্নবগদা থঙবা ঙম্মী। অতিয়াগী পাক-চাউববু ওনরা ঐখোয়না ঙমদে, ভগবানগী নাক্তা লৈরগা যংবা মুক্তি অমসুং আনন্দদি অতিয়ানা পাক-চাউবদগী হেনবা জাংনি। পারমার্থিক আনন্দসি কয়ামুক চাউবগে হায়রবু পাক-চাউবদু অতৈনা ওনবা ঙম্বগী বাদি লায়রগনা ভগবান্ মহামরুফাওবা ওনবা ঙমদে।

ব্রহ্ম-সৌখ্যং ত্বনন্তম্—ব্রহ্মানন্দ অনন্তনি (ঙমখৈ-নাইদবনি)। ভগবান্ ফাওবনা আনন্দসি কয়া য়াম্বনো হায়বা ঙমদে হায়না মফমসিদা হায়রি। বাকমসিনা ভগবানবু ঙমদবনি হায়বা নত্তে অমসুং মপুঙ-ফাদবনি হায়বা নত্তে। থাঙ্কেশংবা বাফমদি মুংঙাইবসি কয়া য়াম্বনো হায়বদু ভগবান্দি থঙভী অদুবু ভগবান্দা লৈরিবা আনন্দগী চাংসি অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব ওইবা ভগবান মন্নামক্কা মান্নে। মরমসিনা ভগবান্দগী থোরকপা আনন্দদু ভগবান্না চাংদম্বা ঙম্মী, অদুবু আনন্দগী চাংদু লেপ্পা লৈতনা অমুক হেন্গৎলী, অমসুং ভগবান্না চাংতম্মী, অদুবু অমুকসু আনন্দগী মাত্রাদু থোইনা থোইনা হেন্গৎলকয়ি, অদুদগী অমুক ভগবান্না চাংতম্মী। অসুম্না চাং তম্না তম্না হেন্গৎলকপসু অসুম হেন্গৎলকপনা হেন্গৎপগা চাংতম্বগা অনীদু মহৈ মহৈ হেন্নবা তানখৎনৈ; তানখৎনবদু লেপ্পা নাইদে। ব্রহ্মানন্দদি 'আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনম্' হায়রিবনি, মসিগী অর্থদি আনন্দগী ঈপাকসে হেন্গৎতুনদা লৈগনবা পোত্তানি হায়বনি। প্রাকৃত সমুদ্রদি ঈচেন্নাইদে অদুগা প্রাকৃত নত্তবা সমুদ্রদি ঈচেন্নাইবনি। শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তি ওইরিবী শ্রীমতী রাধারাণীদা লৈবা চিন্ময় আনন্দ-সমুদ্রসি অসুম অসুম হেন্গৎতুনদা লৈ হায়বসি কবিরাজ গোস্বামীনা চৈতন্যচরিতামৃতদা (১।৪) য়াম্না ফজনা বর্ণন তৌরি।

শ্লোক ৩৭

**নাহং ন যূয়ং যদৃতাং গতিং বিদুর্ন বামদেবঃ কিমুতাপরে সুরাঃ।**
**তন্মায়য়া মোহিতবুদ্ধয়স্ত্বিদং বিনির্মিতং চাত্মসমং বিচক্ষমহে ॥৩৭॥**

ন—নত্তে, অহম্—ঐ; ন—নত্তে; যূয়ম্—ইচাশা নখোয় পুম্বা, যৎ—মহাক্কী; ঋতাম্—শেংনা; গতিম—মতৌ; বিদুঃ—খঙভী; ন—নত্তে, বামদেবঃ—শিব মহাদেব; কিম্—করি; উত—হায়গনি; অপরে—অতৈ; সুরাঃ—দেবতাশিংনা; তৎ—মাগী, মায়য়া—মায়ানা; মোহিত—শুমহৎলবা; বুদ্ধয়ঃ—বুদ্ধিনা; তু—তৌইগুম্বসুং; ইদম্—অসি; বিনির্মিতম্—শেমখিবা; চ—অমসুং; আত্মসমম্—মরম্নাই পাঙ্গল তুংইন্না; বিচক্ষমহে—য়েংঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিব মহাদেবসু ইচাশা নখোয়সু অদুগা ঐ ইশামক্সু প্রাকৃত-নত্তবা আনন্দগী ঙমখৈ থঙবা ঙমদবদা অতৈ দেবতাশিংনা করম থঙবা ঙমগনি। ঐখোয় লোইনমক মহাক্কী মায়ানা শুমহৎলবা মরম্না বিশ্ব অসিবু ঐখোয় ঐখোয়গী জ্ঞান মতুং ইন্না বর্ণন তৌয়ি।

নৈনরোল

ঐখোয়না কয়ারক হন্না দ্বাদশ মহাজনগী বা পনথরবনি। মখোয়দুগী মকোক অহুমদি ব্রহ্মা, নারদ অমসুং শিব মহাদেবনি; মখোয়না ভগবৎ-তত্ত্বগী মরমদা খর খর খঙভী। অতৈ দেবতাশিং, গন্ধর্ব্ব, চারণ, বিদ্যাধর, মীওইবা, অমসুং অসুরশিংনা অদ্বয় ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা মপুঙ ফানা থঙবা ঙমদে। দেবতাশিং, উপদেবতাশিং, গন্ধর্ব্বশিং মথক্কী লোকশিংদা লৈবা বুদ্ধি লৈবা ভাক্তনি, অদুগা মীওইবশিংনা (মনুষ্যশিংনা) মরক্কী লোকশিংদা লৈবনি, অমসুং অসুরশিংনা খা-থংবা লোকশিংদা লৈ। মীওইবগী মরক্তা বৈজ্ঞানিকশিংনা অমদি চাংয়েংবা দার্শনিকশিংনা তৌবগুম্না দেবতানচিংবশিংনা অদ্বয়-তত্ত্বগী মরমদা মরম্নাই-মরম্নাইগী ওইবা বাখল তোঙান তোঙান লৈজে। হায়রিবা জীব জাৎ পুম্নমক্কি প্রাকৃত জগৎকী জীব ভাক্তনি। মরমদুনা প্রাকৃত গুণ অহুমদগী থোরকপা ঙক্ল-ঙক্লবা দৃশ্যশিংনা মখোয়বু

শুমহৎলি। অসুম্মা শুমহৎপগী রাসি ভগবদ্গীতাদা স্লাওরি (৭।১৩)ঃ ত্রিভির্গুণময়ৈর্ভাবৈরেভিঃ সর্ব্বমিদং জগৎ। ব্রহ্মাদগী হৌহ্নুনা ককচেও ফাওবা প্রকৃতিগী সত্ত্ব রজঃ তমঃ হায়বা গুণ অহুমসিনা শুমহৎপা ঙাক্তি। জীব খুদিংমক মহা-মহাগী শক্তি মতুং ইন্না থল্লগা ঐখোয়গী মাঙদা লৈরিবা জগৎ অসিনা মরোয়রে হায়। মরমসিনা কুনশুবা শতাব্দীগী মীওইবা সমাজগী বৈজ্ঞানিকশিংনা মানা লৈনবা মওংদা জগৎসিগী হৌরকপা অমসুং লোইগদবা মতম হোৎতুনা পুথোকখ্রি। অদুবু বৈজ্ঞানিকশিংহ্নুনা খঙলিবদি কখ্রিনো? ব্রহ্মা মহামকপু ভগবান্গী অচানবা হায়বসি মথন্তুনি হায়মা খন্দুনা বুদ্ধি শুমহৎখি নোংমদি, অদুবু কোম্বংদা ভগবান্গী কৃপানা ঐখোয়গী জগৎসিগী রাংমদা য়াম্না হেন্না চাউবা কয়াদা মওোন্দগী হেন্না শক্তি-লৈবা ব্রহ্মা য়াম্না লৈ হায়বদু খঙবা ঙমজখি। হায়রিবা জগৎ ময়ামসি পুন্নপ পুন্নগা ওইবসি ভগবান্গী একপাদবিভূতি হায়বদি ভগবান্গী সৃষ্টি-শক্তিগী শরুক মরি খোকপগী অমথক্তনি। ভগবান্গী শক্তিগী শরুক অহুম অহ্নুনা প্রাকৃত-নশুবা জগত্তা উৎলিবনিঃ মরমসিনা বৈজ্ঞানিক অপীথক মহাক্না মহাক্কী পীকশ্রবা থোপ অহ্নুনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা করি খঙগদৌরিবা? মরমসিনা ভগবান্না হায়—মোহিতং নাভিজানাতি মামেভ্যঃ পরম্ অব্যয়ম্ হায়বদি প্রাকৃত গুণ অহুম্না শুমহৎখিবা মরম্না পূম্নমক্কী ঈশ্বর অমতা-ঙায়বা পরম পুরুষ অমা লৈ হায়বসি মখোয়না খঙদে। ব্রহ্মা, নারদ অমসুং শিব মহাদেব ফাওবনা ভগবান্গী মরমদা থরদমক খঙঙী, মরমসিনা শামপোৎকুম্বা মহাকাশতা পাইবা পোৎ থরা পুথোক-ঙম্বা থোপ-অপীকপা বৈজ্ঞানিকশিংগী মরা পেম্বোক্তৌবগী শরুকপুদি ব্রহ্মা, শিবা, নারদকুম্বা মহৎশিংসিগী রা তাবনা চুম্মী। অঙাওগী-মপা কনানো হায়রবা ঙম্বদি মমাঙনা ওইবগুম্না ব্রহ্মা, নারদ অমসুং শিবগুম্বা খ্বায়না খঙনরবা মহাজনশিংনা পুথোরকপা বেদ মাত্রানা অদ্বয় -পরতত্ত্বগী মরমদা খঙহন্‌বা ঙম্মী।

শ্লোক ৩৮

**যস্যাবতারকর্ম্মাণি গায়ন্তি হ্যস্মদাদয়ঃ।**
**ন যং বিদন্তি তত্ত্বেন তস্মৈ ভগবতে নমঃ॥ ৩৮॥**

যস্য—মহাক্কী; অবতার—নোংশুম্বা; কর্ম্মাণি—থবকশিং (লীলাশিং); গায়ন্তি—শক-শোয়্রী, হি অওইবমক; অস্মৎ-আদয়ঃ—ঐখোয়শুম্বশিংনা; ন—নত্তে; যম্—মহাকপু; বিদন্তি—খঙঙী; তত্ত্বেন তৎ য়েনা (ভগবান্না ওইরিবদু অমতা চীথদবমখৈ শরুক চামগী মনুঙদা চামা শুনা); তস্মৈ মঙেন্দা; ভগবতে—শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দা; নমঃ—খুরুমজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়শুম্বা পূম্নমক্না মহাক্কী অবতার অমসুং তৌরম্বা থবকশিংদু শীঙথাহ্নুনা শক-শোয়রে; অদুবু কনাম্বতনা মহাকপু তৎ য়েনা খঙবা ঙমদে। ঐসু ভগবান্দুগী স্বরূপকী মতাঙদা করি হায়বা ঙমগনি? ঐদি ভগবান্দুদা খুরুম্বতনক তৌজৈ।

নৈনরোল

ভগবান্গী মিং, রূপ, গুণ, লীলা, পরিকর-নচিংবসি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা খঙবা উবা ঙমদে অদুবু শ্রবণ, কীর্ত্তন স্মরণ অমদি ইষ্টদেবগী চরণ-থম্বাল অদু পূজন তৌবনচিংবা তৌবনা ইন্দ্রিয়শিংবু পবিত্র ওইহল্লবদি (শেংদোক্লবদি) ভক্তদুগী সাধনগী খোঙথাঙ মতুং ইন্না ভগবান্না মহামকপু ভক্তদুগী মফমদা উৎলী (যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে)। মীগী অপাম্-অপাম্বা পোৎ-ছন্‌বা দোকান্দার অমগুম্না ঐখোয়না উনীংবা মতমদা হেক্তা মাঙদা লেপ্পগনি হায়না ভগবান্বু থন্‌গদবা নত্তে। ব্রহ্মা-নারদনচিংবা

মহাজনশিংনা পরম্পরা চৎথরকপা সাধনভক্তি অদু চৎতুনা সাধন তৌগদবনি। হৃদি শেংনা শুদ্ধ ভক্তি চৎতুনা ইন্দ্রিয়শিংবু পবিত্র অসুম অসুম ওইহল্লকপা ওয়বা মতমদা ভক্তগী চাওখৎ-খোঙথাঙ তুংইনা ভগবাননা দর্শন পীনবী। ভক্তিমার্গদা চৎতনা মীনা মাগী সাধন লক্ষা তৌদুনসু ভগবানগী দর্শন ফংবা ঙমদে। অসিগুম্বা সাধকনা মীয়ামদা মিক্লং যাদু খরা উৎপা নত্তনা ভগবানবু দর্শন ফংবগী রা লৈতে। ভগবানবু দর্শন তৌবা হায়বসি ভক্তিতনা ওইগনি হায়না ভগবান্ মহামক্না ভগবদ্গীতাদা হায়রি। কনামতনা নাপল তৌদুনা প্রাকৃত উপায়না ভগবানবু খঙবা ঙম্মোই, তোম্না নোলুক্না চৎপা ভক্ততনা ভগবানবু পেল্লহনবা ঙমগনি। মরমসিনা ভক্তগী খোঙথাঙ মতুং ইন্না ভগবাননা দর্শন পীরগনি। মরমসিনা ব্রহ্মানা জীবশিংগী অশেঙবা গুরু অমা ওইবনিনা ভগবান্দা ভক্তি তৌনা খুরুমজে অদুগা ঐখোয়বু শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা সাধন তৌনবা তাকপীরম্বনি। ভগবানগী অবতার-লীলা শুগ্নচিংবা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবতনা ভগবানবু তশেংনা উবা ফংগনি। বিষয়সি ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহানবা খণ্ডদা হান্নানা শ্লোকসিগা মরী লৈননা নৈনশ্রবনি :

**তচ্ছ্রদ্দধানা মুনয়ো জ্ঞান বৈরাগ্যযুক্তয়া।**
**পশ্যন্ত্যাত্মনি চাত্মানং ভক্ত্যা শ্রুতগৃহীতয়া॥ (ভাগবত ১।২।১২)**

মসিগী রা হায়রবু অসিনি মদুদি ঐখোয়না পরমেশ্বর ভগবানবু করিগুম্বা নিয়মনা খঙবা ঙমদে, অদুমকপু শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌবা হায়বা ভক্তিমার্গগী মতেঙনা ভগবানবু আংশিক ওইনা উবা নৎত্রগা অনুভূতি তৌবা য়াই।

শ্লোক ৩৯

**স এষ আদ্যঃ পুরুষ কল্পে কল্পে সৃজত্যজঃ।**
**আত্মাত্মন্যাত্মনাত্মানং স সংযচ্ছতি পাতি চ॥**

সঃ- মহাক, এষঃ— অদু; আদ্যঃ—ইহান হানবা হৌরকফম; পুরুষঃ—গোবিন্দগী অংশ মহাবিষ্ণু অবতার, কল্পে কল্পে—কল্প খুদিংদা; সৃজতি—সৃষ্টি তৌয়ি; অজঃ—পোক্তবা মহাক; আত্মা—মহামক; আত্মনি—মহামক্তা; আত্মনা—মহামক্না; আত্মানম্—মহামকপু; সঃ—মহাক্না; সংযচ্ছতি—লৌশন্নী (সংহার তৌয়ি); পাতি—ঙাক্শেন্নী, য়োকয়ি, (পালন তৌয়ি); চ—সু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইহান-হানবা পুরুষ- অবতার ভগবাননা কল্প খুদিংদা মহামক্তদা মহামক্না মহাবু সৃষ্টি, পালন অমসুং সংহার তৌয়ি। তৌবগীদি মা মহামক অজনি (পোকপা-নাইদবনি)।

নৈনরোল

সৃষ্টিসি ভগবান্দগী তোঙান্দে, অদুগা মহামক সৃষ্টিদুংদা য়াওদে। বাফমসি ভগবদ্গীতাদা (৯।৪) মখাগী সুম্না ইরি :

**ময়া ততমিদং সর্ব্বং জগদব্যক্তমূর্ত্তিনা।**
**মৎস্থানি সর্ব্বভূতানি ন চাহং তেষবস্থিতাঃ॥**

অদ্বয়তত্ত্ববু নির্ব্বিশেষবনি হায়না লৌবসিনু অব্যক্তমূর্ত্তি কৌবা ভগবানগী শক অমনি। মূর্ত্তিগী অর্থদি মওং, মশক্ হায়বনি, অদুমকপু মাগী নির্ব্বিশেষতা অসি ঐখোয়গী প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংদদি ফোংদোকপা য়াদ্রবা ওইনা লৈবা মরম্না মহাক্তি অব্যক্ত (ফোংদোক্তবা) মূর্ত্তিনি; ভগবানগী অব্যক্তমূর্ত্তি

অত্তুদা সৃষ্টি পুম্বসি লৈরিবনি, হায়বদি ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগদি সৃষ্টি অপুম্বসি ভগবান্ মহামক্কি অত্তুগা সৃষ্টিসি ভগবান্গা থেন্নদে, অত্তুবু মতম অমতদা মহাক পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ওইনা, সৃষ্ট জগৎসিদগী তোঙাল্লী। নির্ব্বিশেষবাদীনা ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ ওইবা মতৌসিদবু য়াম্না কম্না চেৎনা পারহুনা ভগবান্গী সবিশেষ ওইবা আদি রূপ অসিবু থাজদে। অত্তুবু বৈষ্ণবশিংনদি ভগবান্গী আদি রূপ অসিবু অওইবনি হায়না লৌয়ি অমস্তুং মখোয়না ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ ওইবত্তুবু ভগবান্গী শক্তম ময়ামগী মরক্তা অমনি হায়না লৌয়ি। ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ অমস্তুং সবিশেষ ওইবা ভাব অনীসি মতম অমতদা লৈবনি; ৱাকমসি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অমস্তুং ভাগবতম্ অনীমক্তা অত্তুগা বৈদিক শাস্ত্র অতৈদস্তু অত্তুম য়াওরি। ৱাকমসি মীওইবগী বুদ্ধিনা লাম্ন্‌বদা ফংলরোইদৌবনি শাস্ত্রনা হায়বত্তু থাজবতম্না লৌবা ঙমগদবনি অত্তুগা ইছানা খঙগদৌবনা ইছা ইছাগী ভগবান্দা লৈবা ভক্তিগী চাওখৎপগী মতুং ইন্ননি; যুক্তিবিজ্ঞানা পুখৎলক্লুগা খঙগদৌবা ন্যায়তর্কগী মতেঙনা খক খঙবা ঙম্লোই। নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা অযাম্বা চৎথরিবদি তর্কশাস্ত্রগী মতেঙননি মরমত্তুনা মখোয়না ভগবান্গী সবিশেষ রূপ খঙদে। শ্রীকৃষ্ণ ৱা পুম্নমক বৈদিক শাস্ত্রশিংদা তশেংনা তশেংনা য়াওরবস্তু কৃষ্ণবু মখোয়না ভরং ভম্নংনা খঙদে। ভগবান্না পোৎলম খুদিংবু কুপ্পুনা (সর্ব্বব্যাপী ওইনা) লৈনা লৈনমক মহাক্কী আদিরূপ (হৌরকপা লৈরকপা শক) অমা লৈ হায়বসি বুদ্ধি-ৱাৎপশিংনা মপুঙ ফানা খঙবা ঙমদে। মখোয়না ঙমদ্রিবসি করিগুম্বা পোৎ অমবু মচেৎ মচেৎ কায়না যেম্বোক্লবদি পোৎতুগী আদিরূপ লৈফম থোক্তে হায়বা প্রাকৃত ওইবা পোত্তাগী ৱা অত্তুননি।

গোবিন্দ ভগবান্গী আদি রূপ অত্তুনা মহাবিষ্ণু হায়না অবতার তৌরগা কারণার্ণব (কারণ কৌবা ঈপাক) কৌবা-মঙোন্দগী পুখোকপা ঈপাক—অত্তুদা লৈ। ৱাকমসি ব্রহ্মসংহিতানা মখাগী অসুম্না হায়বনিঃ—

**যঃ কারণার্ণবজলে ভজতি স্ম যোগনিদ্রাম্ অনন্তজগদানন্দ সরোমকূপঃ।**
**আধারশক্তিম্ অবলম্ব্য পরাং স্বমূর্ত্তিং গোবিন্দম্ আদিপুরুষং তম্ অহং ভজামি।**

ভগবান্ ব্রহ্মানা মাগী ব্রহ্মসংহিতাদা হায়—"আদিপুরুষ গোবিন্দনা মহাবিষ্ণু হায়না অবতার তৌরগা মাগী তুখোঙ খুদিংদগী থোরকপা ব্রহ্মাণ্ডশিংগা লোয়ননা যোগনিদ্রাদা লৈরিবা মহাকপু ঐহাক্না খুরুমজরি।"

মরমসিনা মহাবিষ্ণুসিনা সৃষ্টিগী অহান্‌বদা তৌবা অবতারনি। মঙোন্দগী বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক থোরকপনি অত্তুগা প্রাকৃত সৃষ্টি প্রকাশ খুদিংমকস্তু মথঙ মথঙ ওইথিবনি। কারণ সমুদ্রসি ভগবান্না মহৎতত্ত্ব হায়না নোংথক্তা নোং মঙবগুম্না সৃষ্টি তৌথিবনি, মসি ভগবান্গী প্রকাশ মখল মখাগী মরক্তা শরুক অমতনি। পরব্যোম (প্রাকৃত-নত্তবা আকাশ) অসি মহাক্কী দেহেদগী থোরকপা মঙাল্লি অত্তুনা ভগবান মহামক মহত্তত্ত্ব হায়বা নোংমঙ অহুস্নি। ভগবান্না চেপ্পগা সোর হোন্দোকপদা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম থোরকহল্লী, অত্তুগা অমুক ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুঙদা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙত্তুনা মহাক্না ব্রহ্মাণ্ড ব্রহ্মাগীদমক ব্রহ্মা-শিবনচিংবা লাইয়াম (দেবতা) সৃষ্টি তৌয়ি, অত্তুদগী অমুক ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না (৯।৭) সৃষ্টি পুম্ববু সংহার তৌয়ি (মাগী হুৎদা লৌশল্লী):—

**সর্ব্বভূতানি কৌন্তেয় প্রকৃতিং যান্তি মামিকাম্।**
**কল্প-ক্ষয়ে পুনস্তানি কল্পাদৌ বিসৃজাম্যহম্॥**

"হেঁ কুন্তীনা পোকপা অর্জুন, ব্রহ্মাগী মপুঙ্গী কল্প হায়বত্তু লোইবদা সৃষ্টি পুম্নমক ঐগী প্রকৃতিগী মনুঙদা চঙঙী অত্তুদগী অমুক ঐনা নীংলকপা মতমদা ঐগী শক্তি শীজন্নত্তুনা সৃষ্টি তৌয়ি।"

মসিগী রা হায়ববু ওইরিবা পুম্নমক্সি ভগবান্‌গী অচিন্ত্য (মীওইবগী বাখল্না লাম্না ফংদবা) শক্তি ময়ামগী শকউৎ ঙাক্তনি। ভগবান্‌গী শক্তিশিংগী মরমদা লোইনা খঙবা কনামতা লৈতে। বাফম অসি ঐখোয়না হায়না নৈনগনি।

শ্লোক ৪০-৪১

**বিশুদ্ধং কেবলং জ্ঞানং প্রত্যক্ সম্যগবস্থিতম্।**
**সত্যং পূর্ণমনাদ্যন্তং নির্গুণং নিত্যমদ্বয়ম্ ॥৪০॥**
**ঋষে বিদন্তি মুনয়ঃ প্রশান্তাত্মেন্দ্রিয়াশয়াঃ।**
**যদা তদেবাসত্তর্কৈস্তিরোধীয়তে বিপ্লুতম্ ॥৪১॥**

বিশুদ্ধম্—মায়িক-বিষয়না মোত্তবা; কেবলম্—পুঙশেঙ-শেঙবা; জ্ঞানম্—জ্ঞান; প্রত্যক্—পুঙশন্-শন্‌বা; সম্যক্—মপুঙ পুঙফা ফাবা; অবস্থিতম্—লৈরিবা; সত্যম্—অওইবা; পূর্ণম্—মপুঙ ফানা থল্লবা; অনাদি—মাগী মমাঙদা অমা লৈত্রবা; অন্তম্—লোম্বা; নির্গুণম্—প্রাকৃত গুণগী নত্তবা; নিত্যম্—মতম পুম্বগী ওইবা, অদ্বয়ম্—(মাগুম্বা) অনী শুদবা; ঋষে—হে ঋষি; বিদন্তি—মখোয়না খঙবা ঙম্মী; মুনয়ঃ—মুনিশিং; প্রশান্ত—তপ্পবা, পাখত্তবা; আত্মা—মহা; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়শিং; আশয়াঃ—চেল্লিবা; যদা—মতমদুদা; তৎ—মদু; এব—লেপ্পমক; অসৎ—ওইদবা; তর্কৈঃ—বাহৈগী মরৈ য়েৎপনা; তিরঃ-ধীয়তে—মাঙঙী; বিপ্লুতম্—শেমদোক-শেমজীন-তৌরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্দি মায়িক-বিষয়না মোত্তবা ওইনা শেংবনি। মহাক্তি অদ্বয়তত্ত্বনি অমস্তুং মপুঙ-ফাবা জ্ঞান হায়বত্বনি। মহাক মফম পুম্নমক্তা পুঙশল-শল্লী, মঙোন্দগী হান্‌বা লৈতে অদুগা মহাক লোইখম্বা হায়বদুম্ব লৈতে অমস্তুং মাগা মান্নবস্তু লৈতে। হে নারদ ঋষি, মুনিশিংতনা মায়িক ওইবা অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্লবা মতম অদুগা ইন্দ্রিয় পুম্নমক মপুঙফানা শান্ত ওইরবা মতমদা মহাকপু (ভগবানবু) খঙবা ঙম্মী। অদু নত্তুনা হায়বদি চৎনবা য়াদবা কংয়েৎনা শেম্‌দোক্লবা ফিভমদদি ভগবান্দু ঐখোয়গী ইমঙদগী মাঙঙী (উপা য দে)।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী দিব্যর্শলাগী রা তোক্লুনা অনিত্য লোক অসিদা মহাক কবম তৌনা লৈবগে হায়বগী মরমদু নৈনরি। মহাক্তা গবত র তৌরবা মতমদা মহাকপু প্রাকৃত দেহেনা মোৎহল্লে হায়না মায়াবাদীশিংনা হাযগদবগী হোৎনৈ। অসিগুম্বা রায়েৎ অসি ভগবান্দি মফম মতম পুম্বদা বিশুদ্ধ ওইনা লৈ হায়না ব্যাখ্যা তৌরগা ককৃয়ি। মাযাবাদগী মত তুংইন্নদি আত্মাসি অবিদ্যানা মাবু কুপ্লিঙৈদা জীব কৌয়ি, অদুগা অবিদ্যাদগী নাম্লোক্লবা মতমদনা অদ্বয়তত্ত্বগী নির্বিবশেষ সত্তাদা তিল্লী। অদুবু মফমসিদা হায়রিবদি ভগবান্দি মতম পুম্বদা মপুঙ-মরৈ ফাবা জ্ঞানগী খুদম ওইনা লৈ। মসিনি ভগবান্‌গী থোইদোক-হেন্দোকপা (বিশেষত্ব) হায়বদু, হায়বদি মহাক মতম পুম্নমক্তা মাযাগী মখা পোন্দে। মতৌ অম্নমা ভগবান্‌গা ব্যক্তিগত জীবগা থেম্নৈ, জীবশিংনা মায়াগী মখা পোল্লী অমস্তুং মায়িক উপাধি লৌয়ি। বেদদা হায়বনা ভগবান্দি 'বিজ্ঞানম্ আনন্দম্'—হুংঙাইবা অমস্তুং জ্ঞান ঙাক্তনি—হায়বত্নুনি। মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংবু ভগবান্‌গা চাংদম্নবা য়াদে মরমদি ব্যক্তিগত জীবশিংদি মায়ানা মোৎপা ঙাক্কি। মুক্তি ফংলবা মতুংদা জীবনা ভগবানগা অমতা ওইনা লৈবগী গুণ অমতদা লৈরবস্তু জীবদি মোৎথনীংলকপা পূকচেল চেনবনিনা অদুগা ভগবান্দি চেন্দবনিনা জীববু ভগবান্দগী থেম্নহল্লী। বেদদা হায়রি—শুদ্ধম্ অপাপবিদ্ধম্—জীববুদি পাপ্না মোৎহন্‌বা ঙম্নবস্তু ভগবান্দদি কৈদৌঙৈদম্ব পাপ চঙবা ঙমদে। ভগবান্‌বু তেজ-লৈবা নুমীৎকা চাংদম্নে। নুমীৎপু করিগুম্বা লৌনগন্‌বা পোৎ অমত্তনা মোৎহন্‌বা ঙমদে মরমদি নুমীৎকী শক্তি কনবা। মাবু মোৎহন্‌বা ঙম্বগী বাদি থমগ্রহনা নুংশানা তিনজগলবা পোত্তাবু শেংদোকপগী

থবক্তম্ তৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না ভগবান্বু পাপ হায়বদুনা মোৎহন্বা ঙমদে, অদুগী মহুত্তা ভগবান্গা শম্নরগা পাপীগী পাপ অদু কোকয়ি। মসিনা তাকপদি ভগবান্সু মুমীৎকুম্না পুম্নমকপু ছম্না (সর্ব্বব্যাপী ওইনা) লৈবনি মরমদুনা 'প্রত্যক্' (পুঙশন্-শন্বা) ৱাহৈসি নৈনরিবা শ্লোকসিদা পীজরবনি। ভগবান্না সর্ব্বব্যাপী ওইবসিনা মঙোন্দগী তোঙাম্নাবা করিগুম্বা পোৎ ঙমতা লৈত্রে। ভগবান্দি পোৎ খুদিংগী মনুঙদসু লৈ অদুগা মানসু পুম্নমকপু কুপ্না লৈ, অদুগা মদুম্না মহাক্না লৈবদা জীবশিংগী থবক্না করিমত্তা তৌবা ঙমদে। মরমসিনা মহাক ঙমখৈ-মাইদবনি (অসীম-নি) অদুগা জীবশিংনা পীক্লেন-পীকপনি। ভগবান্তমক লৈবনি হায়না বেদদা হায় অদুগা অতৈ পুম্নমক্না লৈবদি মহাক্কী মাপান্দাংবনি। অতৈ পুম্নমক্কী লৈননবা শক্তিগী থোরকফমদি মহাক্তনি। অদুনা মহাক তত্ব পুম্নমক্কী পরমতত্ব হায়বদুনি। অতৈ পুম্বগী ঐশ্বর্য্য থোরকফম্নি মহাক্তি. মরমদুনা ঐশ্বর্য্যগী মতাঙদা মাগা মাম্নবা কনা অমা লৈতে। ভগ (ঐশ্বর্য্য) তরুক হায়বদি ঐশ্বর্য্য, যশঃ, বল, শ্রী, জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য কৌবা ভগশিংসি মঙোন্দদি মপুঙ ফানা ফানা লৈবা মরম্না মহাক পরমেশ্বর পুরুষোত্তম ভগবান্নি। পুরুষ অমা ওইবনিনা মাগী গুণ য়াম্না লৈ, তৌবগীদি মহাক প্রাকৃত গুণগী ৱাংমদা লৈবনি। ইত্থং-ভূত-গুণো হরিঃ (ভাগবত ১।৭।১০) হায়বা ৱাফমসি ঐখোয়না হাম্নো নৈনখ্রে। মহাক্কী দিব্য গুণশিংসি কয়ামুক পুক্লিঙ চিংশন্বনো হায়ববু আত্মারামশিং মহাক্না চিংশল্লী। মহাক লম্নাইগী ওইবা গুণ চেল্লবসু মহাক্তি সর্ব্বশক্তিমান্নি। মরমসিনা মহাক মছামক্না তৌনঙাই করিমত্তা লৈত্রবসু মাগী থবক খুদিংমক মাগী পুঙঙম্ ঙম্বা শক্তিশিংনা পাঙথোকয়ি। ৱাফমসি বেদমন্ত্র— পরাস্য শক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে স্বাভাবিকী জ্ঞান্ বল-ক্রিয়া চ—হায়বসিনসু তাক্লি। মসিদগী থোরকপা থোক্নাঙদি—ভগবান্গী বিশেষ ওইবা দিব্য রূপ অদুবু প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা-উবা-ঙম্বা পোৎ নত্তে -- হায়বসিনি। ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু ভক্তিনা পবিত্র ওইহল্লবা মতমদদা ভগবানবু ঐখোয়না উবা ফংগনি (যমেবৈষ বৃণুতে লভ্যঃ)। মরমসিনা ভগবান্গা জীবশিংগা হীরম-মায়কৈ অয়াম্বদা খেন্নরিবনি। কনাগুম্বা অমত্তা ভগবান্গা মান্নে হায়বা য়াদে মরমদি বেদনা (একম্ এবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম, দ্বৈতাদ্বৈ ভয়ং ভবতি) হায়না লাউথোকয়ি। ভগবানগী মাগা চাংয়েংনবা কনামত্তা লৈতে, কনাগুম্বা জীবদগী মাগী কিনঙাই লৈতে অদুগা মাগা মান্নবসু কনা লৈতে। মহাক অতৈ জীব পুম্নমক্কী থোরকফম ওইরবসু মহাক্না অতৈ জীবশিংগা মরুদা খেন্নবা য়াম্না লৈ। অদু নম্নগদি মমাঙগী শ্লোক অদুদা মহাকপু পুঙথঙ খঙবা ঙম্বা কনা অমত্তা লৈতে হায়বা ৱাফমসি (ন যং বিদন্তি তত্ত্বেন) হায়রম্লোইদবনি। মহাকপু মপুঙ ফানা খঙবা ঙমদে হায়বসি নৈনরিবা শ্লোকসিদসু হায়রিবনি, অদুমকপু থরদং খঙবা ঙম্বগী গুণ অদু মফমসিদা পল্লিবনি। 'প্রশান্ত-শিংতনা' হায়বদি ভগবানগী ভক্তশিংতনা মহাকপু (ভগবান্বু) য়াম্না হেন্না খঙবা ঙম্মী। মরমদি ভক্তশিংদি ভগবান্গী হায়বা ইন্বা সেবক (থৌগলচা) ওইবদগী হেন্না মছাগী অপাম্বা অতৈ অমা পীয়ু হায়দে। অদুগা ভক্ত নত্তবা অতৈদি হায়বদি জ্ঞানী, কর্ম্মী অমসুং যোগীশিংদি মখোয় মখোয়গী মরু ওইবা অপাম্বা অমমম লৈ, মরমদুনা মখোয়দি প্রশান্ত হায়বদু ওইবা ঙমদে। সকাম কর্ম্মীনা মহাক্কী থবক্কী মনা পাম্মী যোগীসু মপুঙ্গী মপুঙ ফাবগী মথল অমা পাম্মী, অদুগা জ্ঞানীসু ব্রহ্মদা তিন্বা মপাম্মী। মওং অমদনি হায় অমদনি হায় ইন্দ্রিয় পেন্বা পাম্নিবমখৈদি প্রশান্তি ফংবগী ৱা লৈত্রে, অতুগী মহুত্তা করিসু কান্নদবা কংয়েৎশিংনা ৱা পুম্বা চয়েৎনহল্লী অদুগা ভগবান্দু লাপ্না ঐখোয়না খঙবা ঙম্দবখৈ লাপথোকয়ি। কংয়েৎপা জ্ঞানীশিংনা তপ কম্না তৌবা মরম্না ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ ওইবা মতৌদু খঙজবদি থরমখৈ ঙম্মী, অদুবু গোবিন্দ ওইবা লেঙদবা রূপ (মশক) অদু খঙবদি ঙমদে, মরমদি 'অমলাত্মাশিংদনা' হায়বদি পাপ মচেৎ অমকাওবা পক্ত্রবা মীতাশিংনা ভগবদ্ভক্তি চৎচবা ঙম্মী; ৱাফমসি ভগবদগীতানসু হায়রি। (৭।২৮)ঃ

**যেষাং ত্ব অন্তগতং পাপং জনানাং পুণ্যকর্ম্মণাম্।**
**তে দ্বন্দ্ব-মোহ-নির্ম্মুক্তা ভজন্তে মাং দৃঢ়ব্রতাঃ॥**

শ্লোক ৪২

**আদ্যোঽবতারঃ পুরুষঃ পরস্য কালঃ স্বভাবঃ সদসন্মনশ্চ।**
**দ্রব্যং বিকারো গুণ ইন্দ্রিয়াণি বিরাট্ স্বরাট্ স্থাস্নু চরিষ্ণু ভূম্নঃ ॥৪২॥**

আদ্যঃ—অহানবা; অবতারঃ—অবতার; পুরুষঃ—কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণু; পরস্য—ভগবান্ পরমেশ্বরগী; কালঃ—মতম; স্বভাবঃ—মফম; সৎ—কার্য্য (থোরকপা থবক); অসৎ—কারণ (থোরককম); মনঃ—পুক্নীং (মহত্তত্ত্ব); চ—অমসুং; দ্রব্যম্—মহাভূতশিং; বিকারঃ—অহঙ্কার; গুণঃ—গুণ; ইন্দ্রিয়ানি—ইন্দ্রিয়শিং; বিরাট্—হকচাঙ মপুম; স্বরাট্—গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু; স্থাস্নু—মফম-লেঙদবা; চরিষ্ণু—থাংদোক-থাংজীন্-য়াবা; ভূম্নঃ—পরমেশ্বর ভগবান্গী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণুনা পরমেশ্বর ভগবান্গী অহানবা অবতারনি; মহাক নিত্য-ওইবা মতমগী, মফমগী, কার্য্য-কারণগী, পুক্নিঙগী (মহত্তত্ত্বগী), মহাভূতশিংগী, অহঙ্কারগী, প্রাকৃত গুণশিংগী, ইন্দ্রিয়শিংগী ভগবান্গী বিরাট্ রূপকী, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী অচৎ-চত্তা জীব পুম্নমকী মবুংঙোনি।

নৈনরোল

প্রাকৃত সৃষ্টিসি তুংকোইদবনি হায়বা ৱাফমসি মমাঙদা হন্না হন্না নৈনখ্রে। প্রাকৃত সৃষ্টিদি সর্ব্ব-শক্তিমান ভগবান্গী তুংকোইদবা শকউৎনি। প্রাকৃত প্রকাশ অসি ভগবানগা ভক্তিগী সম্বন্ধ থম্নীংদবা মায়াবদ্ধ জীবশিংদা লাইবক-চাং য়েংহন্নবগী তৌদবা-য়াদবা প্রকাশনি। অসিগুম্বা ভগবৎ-সম্বন্ধ-পামদবা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু মুক্ত-জীবনগী দিব্য-ধামদা চঙহন্দে মরমদি মখোয়দি সেবা তৌনীংদে। সেবা তৌবগী নত্তত্তা মখোয় মছা মছাবু ঈশ্বরনি হায়দুনা ভোগ তৌবা পাম্মী। জীবশিংদি মখোয়গী স্বরূপকী হায়রগদি ভগবানগী মতম পুম্নগী ওইবা মনাইনি (নিত্যদাসনি); অদুবু মখোয় থরনা মখোয়দা য়াওজরিবা নীঙতম্বগী (স্বতন্ত্রতা অদু) শেরান্নদা শীজন্নদুনা সেবা তৌনিঙদে; মরমদুনা মায়া হায়না খঙনবা প্রাকৃত অসি মখোযবু ভোগ তৌহল্লী। মায়াবু মায়া কৌবগী মরমদি মায়াগী মখা পোনবা জীবশিংদি তশেংবমক ভোগ তৌবা (ভোক্তা) নত্তে, তৌবগীদি মায়ানা শুমথিবনা মখোয় ভোক্তানি হায়না খন্জে। মায়াবদ্ধ জীবশিংসিনা প্রকৃতিগী মপু-ওই হায়না বুদ্ধি চোইবদগী শেরান্নদা খনবদু চুমথোকপা ঙমজনবা হায়দুনা মরক মরক্তা মখোয়দা তানজা অমা পীনবীবনি। মখোয়গা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা নিত্য সম্বন্ধ অমা লৈ হায়বসি বেদশিংনা তাকপী (বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যঃ)। প্রাকৃত সৃষ্টি অসি ভগবান্গী প্রাকৃত শক্তিনা মতম খরগীদমক উৎপনি। উৎলিবসিগী শীন্নাঙবগী থবক তৌনবা হায়দুনা পরমেশ্বর ভগবান্না কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণু ওইনা অবতার তৌয়ি মদুদি সরকার অমনা ম্যাজিষ্ট্রেট অমবু মতম খরা থবক অমগী অসীন্-অরাঙ তৌরুচো হায়বগুম্বনি। কারণোদকশায়ী বিষ্ণু অসিনা মহাকী প্রাকৃত শক্তিগী মথক্তা মীৎয়েং তারগা (স ঐক্ষত) প্রাকৃত সৃষ্টিসি থোরকহন্বনি। লাইরীকসিগী প্রথম খণ্ডদা 'জগৃহে পৌরুষম্ রূপম্' হায়বা শ্লোক অদুগী ব্যাখ্যা তৌদুনা নৈনখ্রবনি। প্রাকৃত সৃষ্টিনা লৈবগী মতম্দু কল্প কৌয়ি অদুগা কল্প কল্পদা সৃষ্টি তৌবগী ৱাফমদু ঐখোয়না নৈনখ্রে। মহাক্না অবতার তৌবনা অমসুং লীলাশিংনা সৃষ্টিগী মচাক পুম্নমক হায়বদি মতম, মফম, কার্য্য কারণ অমসুং পুক্নীং (মহত্তত্ত্ব), স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম ওইনা ভূতশিং অদুগা ভূতশিংনা অমগা অমগা তিন্নবদগী, ওইরকপা প্রাকৃত গুণশিং হায়বদি সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা গুণ, ইন্দ্রিয়শিং অদুগা মখোয় তুংকম, গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা অবতার তৌবগী বিরাট্ রূপ, অনীশুবা অবতারসিদগী থোরকপা অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমকসি উৎলকপনি। ৱা হায়ববু, সৃষ্টি তৌনবগী মহাভূতশিং অমসুং সৃষ্টি মছামক ভগবান্গী শক্তি-চেনবা শকউৎ ঙাক্তনি, করিগুম্বা অমতা ভগবান্গী শাসন-দগী লীৎথোক্তে। প্রাকৃত সৃষ্টিগী অহান্বা অবতার কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণুসি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশনি। ৱাফমসি ব্রহ্মসংহিতাদা (৫।৪৮) মখাগীসুম্না হায়রিঃ

যসৈক-নিশ্বসিত-কালম্ অথাবলম্ব্য জীবন্তি লোম-বিলজা জগদাণ্ডনাথাঃ ।
বিষ্ণুর্মহান্ স ইহ যস্য কলা-বিশেষো গোবিন্দম্ আদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥

মশীগী লাকওয়ববমখৈ লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মহাবিষ্ণুগী হায়ুবদি আদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশ অমথক্তো ওইরিবা কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণুগী সোরহোন্ অমুকী চঙবা মতমচুদা পালন তৌরিবনি।

শ্লোক ৪৩-৪৫

অহং ভব যজ্ঞ ইমে প্রজেশা দক্ষাদয়ো যে ভবদাদয়শ্চ ।
স্বর্লোকপালাঃ খগলোকপালাঃ নৃলোকপালাস্তললোকপালাঃ ॥৪৩॥
গন্ধর্ববিদ্যাধর-চারণেশা যে যক্ষরক্ষোরগনাগনাথাঃ ।
যে বা ঋষীণামৃষভাঃ পিতৃণাং দৈত্যেন্দ্রসিদ্ধেশ্বরদানবেন্দ্রাঃ ।
অন্যে চ যে প্রেতপিশাচভূত-কুষ্মাণ্ডযাদোমৃগপক্ষ্যধীশাঃ ॥৪৪॥
যৎ কিঞ্চ লোকে ভগবন্মহস্বদোজঃসহস্বদ্বলবৎক্ষমাবৎ ।
শ্রীহ্রীবিভূত্যাত্মবদদ্ভুতার্ণং তত্ত্বং পরং রূপবদস্বরূপম্ ॥৪৫॥

অহম্—ঐহাক(ব্রহ্মা); ভবঃ—ভগবান শিব; যজ্ঞঃ—ভগবান্ বিষ্ণু; ইমে—মখোয়সি; প্রজা-ঈশাঃ—জীবশিংগী অপোকপা; দক্ষ-আদয়ঃ—দক্ষ, মরীচি, মনু-নচিংবা; যে—মখোয়সি; ভবৎ—নহাক নচামক্নে; আদ্যঃ চ—মুপী-লৈতবশিং (সনৎকুমাবনচিংবা মচীমনাওশিং); স্ব র্লোকপালাঃ—স্বর্গলোক ভাকশেনবা (ইন্দ্রনচিংবা); খগলোকপালাঃ—অতিয়াদা পায়রিবা (গরুড়নচিংবা); নৃলোকপালাঃ—মীরয়েনগী নিংথৌশিং; তললোকপালাঃ—পাতাললেক ভাকশেল্লিবশিং; গন্ধর্ব—গন্ধর্বশিং; বিদ্যাধর—বিদ্যাধবশিং; চারণ-ঈশাঃ—চারণশিংগী মপুশিং, যে—অতৈস্তু, যক্ষ—যক্ষ ভাকপশিং, রক্ষ—হিংচাবশিংগী; উরগ—পুক্সা-শীৎলগা চৎপশিং হায়বদি লিল; নাগনাথাঃ—পৃথিবীগী থাদা লৈবা নাগলোকগী মপু; যে—অতৈশিং; বা—স্থ; ঋষিণাম্—ঋষিশিংগী; ঋষভাঃ—অথোইবা মকোক; পিতৃণাম্—ইপা-ইপুশিংগী; দৈত্য-ইন্দ্র—দৈত্যশিংগী (শাস্ত্র-থাজবা মীতাশিংগী) মকোক; সিদ্ধ ঈশ্বর—সিদ্ধশিংগী মকোক; (*spacemen*); দানব-ইন্দ্রাঃ—দানবশিংগী (অনার্য্যশিংগী) মকোক; অন্যে—অতৈ অতৈ; চ—স্থ; যে—মখোযসি; প্রেত—অশিবশিং, পিশাচ—লাই ফত্তবা; ভূত—ভূত, কুষ্মাণ্ড—ভূত মথল অমা; যাদঃ—ঈশীংগী জীবশিং; মৃগ—শাশিং; পক্ষি-অধিশাঃ—ঈগলশিং, যৎ কবিগুম্বা, কিম্ চ—খুদিংমক, লোকে-পৃথিবীদা; ভগবৎ—ভগ লৈবা মহাক; মহস্বৎ—থোইদোক হেন্দোকপা, ওজঃ-সহস্বৎ—পুক্নীংগী অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংগী থোইদোক-হেন্দোক্না হৈশিংবা; বলবৎ—পাঙ্গনবা, ক্ষমাবৎ—ভাকপা হৈবা; শ্রী—ফজবা; হ্রী—ইকাযবা, বিভূতি—লম্বুম্, আত্মবৎ—বুদ্ধি লৈবা, অদ্ভুত অঙকপা; অর্ণম্—বর্ণজাৎ, তত্ত্বম—অওইবা; পরম্—পুংথোই থোইবা, রূপবৎ—শকপানবা, অস্বরূপম্—ভগবান্ মচামকী রূপ (শক) নত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক ইচামক (ব্রহ্মা কৌবা ঐহাকমক), শিব, ভগবান্ বিষ্ণু, দক্ষ অমস্তুং প্রজাপতি গুম্বা জীব-পোকপা অচৌবশিং, নখোয় (নারদ অমস্তুং কুমারশিং), ইন্দ্র অমস্তুং চন্দ্রগুম্বা স্বর্গগী দেবতাশিং, ভূর্লোকগী মপুশিং, মালেম পৃথিবীগী মপুশিং, পাতালদেশগী মপুশিং, গন্ধর্বলোকগী মপুশিং, বিদ্যাধর-লোকগী মপুশিং, চারণলোকগী মপুশিং, যক্ষ রক্ষ অমস্তুং উরগশিংগী লুচিংবশিং, মহর্ষিশিং, দৈত্যশিং, সিদ্ধশিং, প্রেতশিং, পিশাচশিং, ভূতশিং, কুষ্মাণ্ডশিং, ঈশীংদা লৈবা জীবশিং, শা মযাম, উচেক মযাম—অমরোমদা হায়রগা তেজ, ঐশ্বর্য্য, পুক্নীং অমস্তুং ইন্দ্রিয়গী হৈ শিংবা, পাঙ্গল, থাওকনবা, ফজবা, ঈকায়গনবা, লন অমস্তুং চায়োকফবা, শাবান্বা, শাবান্দবা, লোইনমক—থোইদোকপা তত্ত্ব অমস্তুং ভগবান্গী রূপ ওইনা উবা য়াই, অদুবু তশেংবদি মখোয়দো অদুমক্তি নত্তে। মখোয়দুদি ভগবান্গী দিব্য শক্তিগী মচেৎ অমথক্তনি।

নৈনরোল

বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী অহানবা জীব ব্রহ্মাদগী হৌরদুনা শিব, বিষ্ণু, নারদ অমসুং অতৈ শক্তিমান্ ওইবা দেবতাশিং, মীওইবা, মীরক্তা অথোইবা, মহর্ষিশিং, অমসুং মখোয় ময়ামসিদগী হন্থবা অদুগা শক্তিদি লৈবা জীবশিং হায়বদি প্রেত, সতান, ভূত, দানব, ঈশীংগী জীবশিং, উচেক অমসুং শানচিংবা নৈনরিবা শ্লোকশিংসিদা য়াওরিবা জীব পুম্নমক ভগবান্ ওইবা মাল্লী, তশেংবদি মখোয় কনামতা পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বহু নত্তে; মখোয় খুদিংগী লৈজরিবা শক্তিদি ভগবান্গী শক্তিগী মচেৎ অমতনি। আদি বাসীশিংনা বক্রবু, খোংনাংবোট পাম্বী অচৌববু অমসুং উমঙদা উবা অরাঙবা চীঙজাওবু কিবগুম জ্ঞান-রাংপা মীতাশিংনা প্রকৃতিগী অঙকপা থোদোং খরা উরগা ঙকৃচৈ। অসিগুম্বা চাওখত্তবা মীশিংদদি ভগবান্গী শক্তি হাইফেত্তা উবদা শক্তিদুনা থুগংহল্লী। খর চাওখৎলবা মীতাশিংবু দেবতাশিংগী শক্তিনা শুমহৎলী। মরমসিনা ভগবানগী সৃষ্টিদা য়াওবা করিগুম্বা অমগী শক্তিনা শুমহৎলবা অদুগা ভগবান্ মঙ্গামকী রাদি খঙজদবা মীতাশিংদু শক্তা হায়বদি শক্তি-লাংপা হায়না খঙনৈ। হৌজিককালগী বৈজ্ঞানিকসু প্রকৃতিগী অঙকপা থোদোক-থোদোকশিংনা শুমহৎলবা মীনি অহনা মহাক্সু শাক্ত অমনি। অসিগুম্বা অনেম্বা থাক্কী মীতাশিংনা অসুম অসুম চত্থরকপদুনা কোন্থংদা 'সৌরিয' (সূর্য্য-লাংপা) নত্রগা 'গাণপত্য' (মীয়াম্বু জনতা-জনার্দ্দন নৎত্রগা দরিদ্র-নারায়ণ হায়না গণপতিগী মূর্ত্তি লাংপা) ওইখৎলকয়ি; মদুদগী নিত্য ওইবা আত্মাবু থিগৎলকপদা মহাদেব শিব অমূক লাংখৎলকয়ি। অদুদগী চৎথরকপদুনা বিষ্ণু লাংপগী থাক য়োথৎলকয়ি, পরমাত্মা বিষ্ণুবু লাংপা মতাঙ য়োরবক্তাওবদা গোবিন্দ হাযবদি ভগবান কৃষ্ণ হায়বা মূলবিষ্ণুসি লৈ হায়বগী রাদি মখোয় খঙদে। অতৈ অতৈনা, অপোকপা লাংপা, জাতি লাংপা, শা উচেক লাংপা, ভূত প্রেতনচিংবা লাংপা য়াওয়ি। দশা-ফত্তবা মীনা শনিদেব লাংপা অদুগা লাইথোকপগী লাই শীতলাদেবী লাংপা হায়বসিসু কয়া অমনা তৌয়ি। প্রজা মীয়াম্বু অমদি লৈত-লায়রববু (দরিদ্রবু) লাংপা অপঙবা মীসু কয়া অমনি। মতৌ অসুম্বা মখল মখলগী মীনা, সমাজনা অমদি সম্প্রদায়না পরমেশ্বর ভগবান্গী শক্তি-বিকাশবু শেরান্নবা ভগবান-মক্তি খন্দুনা লাংলী। অদুবু নৈনরিবা শ্লোকশিংসিদা এক্ষাক্তিনা হায়রিবদি মখোয়শিং অসে কনামতা পবতত্ত পরমেশ্বর ভগবান্দু নত্তে হায়বসিনি। মখোয়শিংসিনা পুম্নমক্কী হৌরকফম ইহান হান্বা সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী মঙাল খর খর ফংজবতনি। ভগবদ্গীতাদা ভগবান্না মহাকপুদা লাংলু হায়বা মতাঙসিদা ঐখোয়না খঙগদবদি ভগবান্ কৃষ্ণ লাংপদি মথক্তা পন্থিবা লাইয়ামশিংবুসু য়াওনা লাংলবনি হায়বসিনি। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী মনুঙদা মখোয় লোইনমক চল্লবনি।

ভগবানবু নিরাকারনি (মূর্ত্তি নাইদবনি) হায়না বৈদিক সাহিত্যশিংদা হায়বা থেংনবদা ঐখোয়না খঙগদবদি জগৎনা খঙনবা মথক্তা পল্লিবা মূর্ত্তিশিং অসি ভগবান্গী দিব্য শক্তিগী তোঙান-তোঙনবা শকউৎ ঙাক্তনি হায়বসিনি; মখোয় কনামতনা ভগবান্গী দিব্যরূপকী মহুৎ নত্তে। অদুবু ভগবান্না তশেংনা পৃথিবীদা নৎত্রগা ব্রহ্মাণ্ডগী মফম অমদা কুমথরকপা (অবতার তৌবা) মতমদা জ্ঞান-রাংপা মীতানা ভগবানবু মখোয়গুম্বা মীচম অমগুম লৌয়ি। মরমদুনা মখোয়না ভগবান্গী দিব্য ভাব অদুবু নিরাকার নৎত্রগা নির্ব্বিশেষনি হায়না রাখল্লা শাজল্লী। অওইবমক্তি, ভগবান্দি নিরাকার নত্তে অদুগা জগৎনা খঙনরিবা মূর্ত্তিময়ামসিসু অমতা নত্তে। ঐখোয়না ব্রহ্মাজিদা তাক্লিবা অওইবসি খঙনবা হোৎনগদবনি।

শ্লোক ৪৬

**প্রাধান্যতো যানৃষ আমনন্তি লীলাবতারান্ পুরুষস্য ভূম্নঃ।**
**আপীয়তাং কর্ণকষায়শোষানণুক্রমিষ্যে ত ইমান্ সুপেশান্ ॥৪৬॥**

প্রাধান্যতঃ—মক ওইনা; যান্—মখোয়বু; ঋষে—হে নারদ ঋষি; আমনন্তি—পূজা তৌয়ি; লীলা-অবতারান্—শান্নবগীদমক তৌরকপা অবতারশিংবু; পুরুষস্য—পরমেশ্বর ভগবান্গী; ভূম্নঃ—পরতত্ত্ব ওইবা ভূমাগী; আপীয়তাম্—মখোয়না মহাও তংননবা; কর্ণ—নাকোঙ; কষায়—অমোৎপা; শোষান—কোক-হন্বা; অনুক্রমিষ্যে—মথং মথং লীথরক্কে; তে—মখোয়; ইমান্—মখোয়তু; সুপেশান্—ফজরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, ঐহাক হৌজিক ভগবান্গী লীলা-অবতার হায়না খঙনবা অবতারশিংতু মথং মথং লীথরক্কে। মখোয়গী রা শ্রবণ তৌরগদি নাকোঙগী পৈতুনা লৈরম্বা অমোৎপ পুম্নবু কোকহল্লী। মাগী লীলাশিংসে তাবদা ফজবা অতুগা আস্বাদন তৌবদা হাউনঙাই ঙাক্লি। মরমসিনা মখোয়দো ঐগী খম্মোইনুংদা লোইনা লৈরে।

নৈনবোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহৌদা (১।৫।৮) হায়খিবতুনি মতুদি ভগবান্গী দিব্য লীলাশিংগী রাবু শ্রবণ তৌদ্রিমখৈদি নাকোঙনা তাবগী পেন্বা হাযবদো ফংলরোইদবনি। মরমতুনা ব্রহ্মাজিনসু নৈনরিবা শ্লোক অসিদা ভগবান্না মর্ত্ত্যভূমিসিদা অবতার তৌবগা শান্নবা লীলাশিংবু বর্ণন তৌবা চুম্মী হায়না কন্না হায়রিবনি। জীব খুদিংমক মনাকোঙনা নুংঙাইবা পাউ তাজনীঙউী। মরমতুনা ঐখোয় অয়াম্বনা রেডিওনা পীবা পাউ অতুগা রারী-রাতাইনচিংবা তানীঙউী। অতুবু অরাবদি তাকরিবা ঈ-পাউতুনা ঐখোয়গী খম্মোইবু পেলহনবা হায়বতুদি ঙমদে। অসুম্না পেন্দবগী ঈ-পাউশিংতুনা জীবাত্মাগী খম্মোই লকানুং য়োবা ঙম্নবা যুৎচাগদবা নত্তবননি। দিব্য ওইবা লাইরীক অসি শ্রীলব্যাসদেবনা মঙোন্দা শ্রীনারদ মুনিনা তাক্লবা মতুং ইন্না ভগবান্গী লীলাশিংবু বর্ণন তৌতুনা সাধারণ মযামু পুঙপেন পেলহন্নব-গীদমক খোইদোকপা অমা ওইনা লেংখিবনি। ভগবান্গী লীলাশিংসি মখল অনীনি। অমনা প্রকৃতিবু সৃষ্টি তৌবগী রা অতুগা অমনা ভগবান্না মফম মতম তুংইন্না মখল মখাগী লীলা অবতারগী রানি। অতৎ অথম লৈতনা ভুবেন্গী ইথক্লা চেস্টবগুম্না ভগবান্গী শীঙনাইদবা অবতারসু মথং মথং লেপ্তবমখৈ তৌযি। জ্ঞান-রাৎপা মীশিংনা প্রাকৃত জগত্তা উৎলিবা ভগবান্গা সৃষ্টি-শক্তিশিংগী মরমদদা মথরাই য়াওশল্লী, শক্তি শিংতুবু ভগবান্গা মনী লৈতবনি হায়না লৌতুনা বৈজ্ঞানিক গবেষণা তৌরিবনি হাযতুনা সৃষ্টিগী মতাঙদা নানা মত পুথোক্লরকয়ি। অতুবু ভগবান্গী ভক্তশিংদি সৃষ্টি-শক্তিশিংনা থবক তৌবনি ভগবানগী প্রাকৃত শক্তিনা শান্নবা ক্রিয়া অমদি প্রতিক্রিয়া মতুং ইন্না তৌবা ঙাক্লি হাযবতু খঙউী। মরমতুনা ভগবান্না প্রাকৃত জগত্তা অবতার তৌরগা শান্নরবা দিব্য লীলাদদা ভক্তশিংগী থরাই য়াওবা হেল্লী। শ্রীমদ্ভাগবতমসি ভগবান্গী অতুগুম্বা লীলাশিংগী ইতিহাস-নি, অতুনা শ্রীমদ্ভাগবতম শ্রবণ তৌবদা থরাই-য়াওবা মীতা-শিংনা মখোয়গী তুংচন্দুনা লৈবা সংসার-বাসনা কৌবা অমোৎপাশিংতু চামথোকপা ঙমজে। বাজারদা পংই-ইবা লাইরীক লাশীং লীশীং লৈ, অতুবু শ্রীমদ্ভাগবতমদা অমুক্তং থরাই য়াওথ্রবা মীশিংদি লাইরীক অতৈশিংতু পানীঙ-তানীংলুবগী রা লৈত্রে। নারদ মুনিনা অমুত ওইনা থকপা ঙমজনবা হায়তুনা শ্রীব্রহ্মাজিনা ভগবান্গী মক মক ওইবা অবতারগী রা লীথগে হায়না তৌবনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অনিশুবা স্কন্ধদা 'পুরুষসুক্তবর্ণনম্' কৌবা তরুকশুব অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।



# মথঙ মনাও নাইনা তৌরকপা ভগবানগী অবতারশিং

শ্লোক ১

**শ্রীব্রহ্মোবাচ**

**যত্রোদ্যতঃ ক্ষিতিতলোদ্ধরণায় বিভ্রৎ ক্রৌড়ীং তনুং সকলযজ্ঞময়ীমনন্তঃ।**
**অন্তর্মহার্ণব উপাগতমাদিদৈত্যং তং দংষ্ট্রয়াদ্রিমিব বজ্রধরো দদার ॥১॥**

শ্রীব্রহ্মা উবাচ—শ্রীব্রহ্মানা হায়; যত্র—মতমচুদা; উদ্যতঃ—হোৎনরম্মী; ক্ষিতি-তল—পৃথিবী; উদ্ধরণায়—লৌথৎনবগীদমক; বিভ্রৎ—লৌথি (ওইখি); ক্রৌড়িম্—ওক্সী-ওইবা; তনুম্—হকচাঙ; সকল—মপুম; যজ্ঞময়ীম—যজ্ঞগী মশক ওইবা; অনন্তঃ—ঙমখৈনাইদবা ভগবান্; অন্তঃ—ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা; মহার্ণবে—গর্ভ কৌবা অচৌবা মহাসাগরদা; উপাগতম্—লাক্লম্ববু; আদি—অহান্‌বা; দৈত্যম্—হিংচাববু; তম্—মহাকপু; দংষ্ট্রয়া (মহাক্কী) য়ানা; অদ্রিম্—চীঙজাও; ইব—তৌবগুম্না; বজ্রধরঃ—বজ্র-পায়রবা ইন্দ্রনা; দদার—থিংগাইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্রহ্মানা হায়ঃ ঙমখৈনাইদবা-শক্তি চেন্‌বা ভগবান্না শান্নীংচুনা ওক্সী (বরাহগী) মশক লৌরগা গর্ভোদক কৌবা মহাসাগরদগী পৃথিবীবু লৌথৎকে তৌবা মতমদা অহান্‌বা হিংচাবা (হিরণ্যাক্ষ) চোংথোবকয়ি অদুগা ভগবান্না ময়ানা হিংচাববু থিংগাইখি।

নৈনরোল

সৃষ্টি হৌবদগী অসুরশিংগা (হিংচাবশিংগা) সুরশিংগা (লাইশিংগা নত্রগা বৈষ্ণবশিংগা) জীব কাঙলুপ অনীসিনা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মনুঙদা লৈবা লোক পুম্নমক্তা মতম পুম্বা পাল্লী। ব্রহ্মাণ্ডসিদা শ্রীব্রহ্মানা ইহান্‌-হান্‌বা দেবতানি (লাইনি) অদুগা হিরণ্যাক্ষনা ইহান্‌-হান্‌বা দৈত্যনি (হিংচাবনি)। অরেপ্পা ফীভম নিয়ম অমগী মতুং ইন্না লোক ময়ামসি অয়াংবা কাঙক্রমগুম্না অহাঙবদা তাউরিবনি; নিয়মশিংসি হেক কায়বদা লোকশিংসি গর্ভোদক মহার্ণবদা পোপ পোপ তারক্কদোবনি; হায়রিবা গর্ভোদক অসি ব্রহ্মাণ্ড তংখাই অমা শন্না কুপ্লিবনি। কোয়রোক-কোয়বা ব্রহ্মাণ্ডগী তংখাই অমদনা শীঙনাইবা লোক ময়াম লৈরিবনি। গোলোক ময়ামসিনা অয়াংবা শুন্যংদা তাউবগী মরমদি লোকশিংগী মনুঙদা শারিবা লৈশারোলগী মতৌনি। হৌজিক্কালগী অসুরশিংনা পৃথিবীগী লৈনুঙ হূৎতুনা থাও লৌনবা তৌরিবা খুজিল অসি মালেম-লৈশারোলগী ফিভমদা অকায়বা অমনি অদুনা পৃথিবীনা তাউরিবসিগী মতাঙদা অকায়বা অমা পুরকপা য়াই। মসিগুম্বা ফীভম থুগায়বসি মতম অমদা হিরণ্যাক্ষনা লুচিংচুনা অসুরশিংনা (সনা-তান্‌বা মীতাশিংনা) তৌরম্বা য়াই, অদুনা পৃথিবীনা মাগী অয়াংবা ফীভমদগী নাম্থোক্লুনা গর্ভোদক মহার্ণবদা তাখিবনি। মরমচুনা প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টিবু পালন-তৌবা ওইনা ভগবান্না ওক অচৌবা অমগী মূর্তি লৌচুনা পৃথিবীবু গর্ভোদক মহার্ণবদগী য়াতোন্না কোৎখৎতুনা লৌথৎলম্মনি। শ্রীজয়দেব গোস্বামী হায়বা বৈষ্ণব করিবরনা মখাগী অসুম্না শকথিরম্মী ঃ

**বসতি দশনশিখরে ধরণী তব লগ্না শশিনি কলঙ্ককলেব নিমগ্না
কেশব ধৃতশূকররূপ জয় জগদীশ হরে।**

"হে কেশব, ওক্সী শায়ওন, জগৎমপু, হে ভগবন, পৃথিবীনা নঙগী য়াতোন্দা লৈখি মহ্ন য়েংবদা মায়হিং-কাবা থাজ মান্নথি।"

ভগবান্না অবতার তৌবগী খুদম অমনি অসি। ভগবান্না অবতার তৌবগী রাসি রাখলগী মঙক্রঙদা তাউগন্‌বা মীতানা পঙথল খল্লগা থোকহন্‌বা অবতার নত্তে। মথক্তা হায়খিবা অসিগুম্বা ফীভম অমা থোক্লবা মতাঙদা ভগবান্না অবতার তৌবনি অমসুং অবতার অদুনা পীকনাও ওইবা মীওইবা জাতিগী থোপ্না লাম্ব-ফংদবা থবক অমা পাঙথোকয়ি। হৌজিক্কালগী মমল-হোঙবা অবতার ময়াম পুথোরকপা মীতাশিংনা ভগবান্না ওকচাও অমা ওইরগা পৃথিবীবু থাজ্ৎ ভয়বা টীন্দোন অমগা লোয়নননা অবতার তৌরিবসি খন্বগদৌবা ওই।

ভগবান্না পৃথিবীবু টশীংদগী লোথংকে হায়না থোরকপা মতমদা হিরণ্যাক্ষ কৌবা দৈত্যনা ভগবান্‌গী নিয়ম নাইবা থবক্তা য়ৈথায়বা অমা থোকহল্লবা হোৎনখি। মরমদুনা হিরণ্যাক্ষবু ভগবান্‌গী য়াতোন্না থিঙ্গায়দুনা হাৎত্তোকখি। শ্রীল জীব গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না হিরণ্যাক্ষ দৈত্যবু ভগবান্‌গী মখুৎমক্তা হাৎপনি হায়। রাকমসিগী অর্থদি ভগবান্না মখুৎনা হাৎলগা য়াতোন্না হিরণ্যবু থিঙ্গাইবনি হায়বনি। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনসু শ্রীজীবগী রাফমসি য়ারম্মী।

শ্লোক ২

**জাতো রুচেরজনয়ৎ সুযমান্ সুযজ্ঞ আকূতিসূনুরমরানথ দক্ষিণায়াম্।
লোকত্রয়স্য মহতীমহরদ্ যদার্ত্তিং স্বায়ম্ভুবেন মনুনা হরিরিত্যনুক্তঃ ॥ ২ ॥**

জাতঃ—পোকখি; রুচেঃ—প্রজাপতিগী মুপী রুচিগী; অজনয়ৎ—পোকখি; সুযমান্—সুযম নচিংবা; সুযজ্ঞঃ—সুযজ্ঞ; আকূতিসূনুঃ—আকৃতিগী মচানুপাগী; অমরান্—লাইয়াম, দেবতাশিং; অর্থ—অসুম্না; দক্ষিণায়াম্—দক্ষিণা কৌবী মুপীদা; লোক—লোক; ত্রয়স্য—অহুমগী; মহতীম—য়াম্না চাউবা; অহরৎ—মাঙহনখি; যৎ—মথোয় পুম্বা; আর্ত্তি—অরাবা; স্বায়ম্ভুবেন—স্বায়ম্ভুবনা; মনুনা—মীওইবা জাতিগী অপোকপনা; হরিঃ—হরি; ইতি—অসুম্না; অনু—তুংদা; উক্তঃ—হায়খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রজাপতিনা অহান্‌বদা মাগী মুপী আকূতিগী গর্ভদা সুযজ্ঞ পোকয়ি অদুদগী সুযজ্ঞনা মাগী মুপী দক্ষিণাগী গর্ভদা সুযম-নচিংবা লাইয়াম (অমরশিং) পোকয়ি। সুযজ্ঞনা ইন্দ্রদেব ওইনা মরোল অহুমগী অরাবা কয়া কোকহন্‌খি। মহাক্না ব্রহ্মাণ্ডগী অরাবা কোকহনবা মরম্না মীওইবা জাতিগী অপোকপা স্বায়ম্ভুব মনুনা মগাকপু হরি হায়না মিংথোনখি।

নৈনরোল

রাখল-চোইজাইগনবা বুদ্ধি-রাৎপা মীতাশিংনা শাস্ত্রনা য়াদবা ভগবান্‌গী অবতার কয়া মরম্নাই শাগৎতুনা পুথোরকপদা ঋংননবা হায়দুনা অশেঙবা অবতারগী অপোকপগী মমিংফাওবা মীনা লেংবা নত্তবা লাইতাক-শাস্ত্রশিংদা য়াওরিবনি। মরমসিনা অবতারনি হায়রিবদুগী অপোকপগী মিং অদুগা মানা আবির্ভাব ওইরম্বা মফম হায়বদি খুলগী মমিংদু ময়াম্না য়ানরিবা লাইতাক-শাস্ত্রশিংদা পল্লমত্রবদি মহুবু অবতার অশেঙবনি হায়না লৌবা য়াদে। চহী লীশীঙ লীশীংদু চামরি রোমগী মতুঙদা থোক্লগদবা কল্কি অবতারগী মিংদু মাগী অপোকপা অমদি পোকফম গ্রামগী মমিংগা লোয়নননা ভাগবত পুরাণ-দা পল্লী। মরমসিনা পেং-চোইদবা মী অমতনা অবতারগী মমল-হোঙবা সংস্করণবু ময়াম্না লৌখৎনরিবা শাস্ত্রগী বা নত্রবদি অবতারনি হায়না লৌদে।

শ্লোক ৩

**জজ্ঞে চ কর্দ্দমগৃহে দ্বিজ দেবহূত্যাং স্ত্রীভিঃ সমং নবভিরাত্মগতিং স্বমাত্রে।**
**ঊচে যয়াত্মশমলং গুণসঙ্গপঙ্কমস্মিন্ বিধূয় কপিলস্য গতিং প্রপেদে ॥৩॥**

**জজ্ঞে**—পোকখি; **চ**—সু; **কর্দ্দম**—প্রজাপতি কর্দ্দমগী; **গৃহে**—য়ুমদা; **দ্বিজ**—হে ব্রাহ্মণ; **দেবহূত্যাম্**—দেবহূতিগী গর্ভদা (পীবুক্‌ুংদা); **স্ত্রীভিঃ**—মুপীশিংগা; **সমম্**—লোয়ননা; **নবভিঃ**—মাপল; **আত্মগতিম্**—ব্রহ্মবিদ্যা (ব্রহ্মাবু খঙবা); **স্বমাত্রে**—মমামক্তদা; **ঊচে**—তাকখি; **যয়া**—মহাক্না; **আত্মশমলম্**—আত্মাবু কুপ্না অমোংপশিং; **গুণ-সঙ্গ**—প্রাকৃত গুণগী (সত্ত্ব-রজ-তম) সঙ্গ; **পঙ্কম্**—লৈখোম; **অস্মিন্**—পুন্সিসিদা; **বিধূয়**—চামখোক্লুনা; **কপিলস্য**—ভগবান্ কপিলগী; **গতিম্**—মুক্তি (অরান-খুভম); **প্রপেদে**—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, ভগবান্না কর্দ্দম ঋষিগী য়ুমদা মাগী মুপী দেবহূতিগী গর্ভদা মুপী (মচন্) মাপলগা লোয়ননা কপিল ওইনা অবতার তৌখি। মহাক্না মমাদা ভগবৎ জ্ঞান তাকখি ; জ্ঞান ফংহুনা মপোক অদুমক্তদা দেবহূতিদু প্রাকৃত গুণগা তৌবা সঙ্গগী লৈখোম অমোংপা চামখোক্লুনা কপিলদেবনা তাকপা লম্বী মুক্তি হায়বদু ফংখি।

নৈনরোল

ভগবান কপিলদেবনা মমাবেম্মা দেবহূতিদা তাকখিবা পাউতাকশিংদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহুমশুবা স্কন্ধদা (অধ্যায় ২৫ ৩২) মপুঙফানা বর্ণন তৌরি। পাউতাকশিংদু ইন্‌বা মী অমনা দেবহূতিনা ফংখিবা গতি অদু ফংবা ঙমগনি। ভগবান্না ভগবদ্গীতা শকখি অদুগা অর্জ্জুন্না আত্মজ্ঞান ফংখি অমসুং ঙসিফাওবা অর্জ্জুনগী খুদুং ইনবা কনাগুম্বা মীনা অর্জ্জুগুম্না কান্নবা অদুম ফংবা ঙম্মী। মরমসিগীদমক্তা শাস্ত্রশিংসে লৈরিবনি। অপঙবা খঙদবা মীশিংনা মরম্নাই বুদ্ধিনা শাগৎতুনা মখোয়গী তুংইন্‌বশিংবু লম্বী শেরান্নন চিংভী, মদুম তৌবনা মখোয়দু সংসারদা অদুম লুপ্পুনা লৈ। অদুবু, ভগবান কৃষ্ণনা নত্রগা ভগবান কপিলদেবনা তাক্লম্বা পাউতাকশিং ইল্লগা মী খুদিংমক্না হৌজিকসু মুক্তি ফংবা ঙমগনি।

আত্মগতিম্ হায়বগী অর্থদি ভগবান্‌বু খঙবা (ভগবৎজ্ঞান) হায়বনি। ভগবান্‌গা জীবগা গুণগত মান্নবগী ৱাহুদা খঙলগা পেম্মোকপা চুমদে। ভগবান্‌বু খঙবদি ঐখোয়গী ঙমথৈ-নাইবা জ্ঞানতনা খঙবা য়াবদুফাওবতনি। ভগবান্‌বু মানা ওইবা অশেঙবদুমক য়োনা মপুঙফানা খঙবদি শিব নৎত্রগা ব্রহ্মাগুম্বা মুক্তাত্মাশিংনফাওবা খঙবা ঙমদে, অদুনদি অতৈ দেবতাশিং অমদি মীওইবশিংনা করি খঙগনি। অদুমকপু ভক্ত অচৌবশিংনা চংলম্বা নিয়মশিং অমসুং শাস্ত্রশিংদগী ফংবা পাউতাক মতুং ইন্না চংলবদি ভগবান্‌গী লক্ষণ খরদংদি খঙবা ঙমগনি। ভগবান্‌গী অবতার কপিলদেবনা ভগবান্‌গী ব্যক্তরূপকী মরমদা মমাবেম্মা দেবহূতিদা মপুঙ ফানা তাকখি, পাউতাক অদুগী মপান্না মমাবেম্মনা ভগবানগী রূপকী জ্ঞান ফংখি অদুগা ভগবান্ কপিলগী বৈকুণ্ঠধামদা মফম অমা ফংখি। ভগবান্‌গী অবতার খুদিংমক্কী পরব্যোমদা (বৈকুণ্ঠ আকাশদা) মরম্নাই ধাম অমমম লৈ। মরমসিনা ভগবান্ কপিলগীসু মরম্নাই তোঙান্‌বা বৈকুণ্ঠলোক অমা লৈ। পরব্যোমসি অহাঙবা নত্তে। বৈকুণ্ঠলোক মশীং থীঙমদবমখৈ লৈ অমসুং লোক খুদিংমক্তা মহাক্কী শীঙনাইদবা প্রকাশ ময়াম্না ভাম্মোইরিবনি। অদুগা মফমশিংদুদা লৈবা শুদ্ধ ভক্তশিংনা মখোয় মখোয়গী মবুংঙো অমসুং মহাক্কী নিত্য পারিষদশিংনা লৈবা মওংদা লৈ।

ভগবান্ মহামক্না অবতরণ তৌরকপা মতমদা নত্রগা মহাক্কী প্রকাশ বিলাসশিংনা কুম্নকপা মতমদা অদুগুম্বা অবতারশিংবু অংশ, কলা, গুণ, যুগ অমসুং মন্বন্তর অবতার হায়বনচিংবা কৌয়ি। অদুগা ভগবান্‌গী য়াথংনা মাগী পার্ষদশিংনা কুম্নকপা মতমদা অদুগুম্বা অবতারবু শক্ত্যাবেশ অবতার হায়না

কৌয়ি। অদুবু অবতারশিংদুবু মযাম্না য়ানখিবা শাস্ত্রশিংগী বচনশিংনা সমর্থন তৌবা ওইগদবনি। অদুনা অবতারদু কনাগুম্বা মরম্নাই উদ্দেশ্য অমগী প্রচারকনা হায়জন্‌ণা অমা ওইফদে। মথক্তা হায়রিবা ভগবান্‌গী অবতারশিংনা পরমেশ্বর ভগবানবু পরতত্ত্ব (পুঙথোই-থোইবা পোৎশক) হায়বদুনি হায়। পরতত্ত্ববু নির্বিশেষ ওইনা খন্‌বদি ভগবান্‌গী রূপ লৈতে হায়না লৌকিক কল্পনানা পুথোরকপা বানি।

জীবাত্মাশিংদি মখোয়গী স্বরূপকী বা হায়রগদি ভগবান্‌গা অক্বানি, মখোয়গী খেন্নবা হায়ববু ভগবান্দি মতমপুম্বদা পরম অমসুং বিশুদ্ধ ওইদুনা লৈ অমসুং প্রকৃতিনা শোকপা ঙমদে, অদুগা জীবাত্মাদি প্রাকৃত গুণ সত্ত্ব-রজ তম-গী মখাপোল্লী। প্রাকৃত গুণশিংগী মখা পোনবসি মপুঙ ফানা তোকপগী উপায়দি জ্ঞান বৈরাগ্য অমসুং ভক্তিদনি। ভগবৎ-ভক্তি হায়বসিনা খ্বাইগী মকোক-ওইবা থাক্তী বানি, মরমসিনা ভগবানগী প্রেমভক্তিদা সেবা চঙলিবা মীতাশিংনা আত্মজ্ঞান ফংবদা নত্তনা বৈরাগ্য (সংসার-বন্ধন-দগী নাম্থোকপা) হায়বদুসু ফংঙী। মতৌ অদুম ফংলবদা মপুঙ ফানা ঙরান-খুঙম (মুক্তি) ফংদুনা ভক্তনা ভগবানগী ধামদা কাবা ঙমজে। বাকমসি ভগবদগীতাদা য়াওরি (১৪/২৬)ঃ

**মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে।**
**স গুণান্ সমতীত্যৈতান ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥**

মুক্ত ওইদ্রিঙৈগী ফীভমদসু জীবনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণ নৎত্রগা মাগী অংশ রাম অমসুং নরসিংহগী দিব্য প্রেম-সেবাদা চঙবা যাই। মতৌ অদুম্না তৌরগা দিবা প্রেমসেবাদু চাংদা মতুং ইন্না ভক্তদুনা "ব্রহ্মগতিম্" হায়বদি "আত্মগতিম্" মায়কৈদা লেপ্লমক পাংগনি অদুগা মমৈদ-মমৈদা 'কপিলস্ত গতিম্' হায়বদি ভগবদ্ধামদুদা ইলায়-লায়না কাগনি। ভগবৎ-ভক্তিগী শক্তিদি অতৈ ভাব অমা চঙবা যাদবনিনা কয়ামুক ক‌ন্‌বগে হায়ববু ভক্ত অমগী হৌজিকী পুন্সিদফাওবা মায়িক বন্ধন থক্‌থোকপা ঙম্মী। ভক্তনা মপুঙফাবা মুক্তিগীদমক পরলোক ঙাইরুরবসু য়াই।

শ্লোক ৭

**অত্রেরপত্যমভিকাঙ্ক্ষত আহ তুষ্টো দত্তো ময়াহমিতি যদ্ ভগবান্ স দত্তঃ।**
**যৎপাদপঙ্কজপরাগপবিত্রদেহা যোগর্দ্ধিমাপুরুভয়ীং যদুহৈহয়াদ্যাঃ ॥৪॥**

অত্রেঃ—অত্রি মুনিগী, অপত্যম্—মচা; অভিকাঙ্ক্ষতঃ—পামদুনা হায়জরবদা, আহ—হায়বম্মী; তুষ্টঃ—পেল্লম্মী; দত্তঃ—পীরবা; ময়া—ঐনা; অহম—ঐবু; ইতি—অসুম্না, যৎ—মরমদি; ভগবান—ভগবান্; সঃ—মহাক্; দত্তঃ—দত্তাত্রেয়; যৎপাদ—মাগী মখোঙ, পঙ্কজ—থম্বাল; পরাগ—লৈরিক; পবিত্র—অশেঙবা, দেহ—হকচাঙ; যোগ—যোগগী, ঋদ্ধিম্—চাওখৎপা, লন, আপুঃ ফংগি, উভয়ীম্—অনীমক্কী (ইহলোক পরলোকগী), যদু শাগৈগী অপোকপা; হৈহয়-আদ্যঃ—হৈহয় নিংথৌনচিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহামুনি অত্রিনা মচা ফংনীংদুনা খুব্বমজবম্মী, মদুদা ভগবান্না পেন্‌বিরদুনা অত্রিগী মচাম্নুপা ওইনা অবতার তৌগে হায়না হায়খি। মরমদুনা ভগবান্‌গী নাম দত্তাত্রেয় (অত্রিদা পীরবা মচা) ওইখিবনি। ভগবান্‌গী খোঙ থম্বালগী রূপাদগী যদু কয়া হৈহয় কয়া পবিত্র ওইখিবা মরম্না মখোয ইহলোক পরলোক অনীমক্কী ঐশ্বর্য্য ফংখি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌গা জীবশিংগগী মরক্তা লৈবা দিব্য সম্বন্ধদু প্রেম-রস মখল মঙাদা নিত্য ওইনা লৈবনি; রস মঙাদুদি শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মাধর্য্য হায়না খঙনৈ। অত্রি মুনিগা ভগবান্‌গা লৈরম্বা সম্বন্ধদি বাৎসল্য রসগীনি, মরমদুনা মাগী ভক্তিনা মপুঙফাবগী ফল ওইনা মহাক্তা ভগবানবু

মচানুপা ওইনা ফংজনীংলমী। ভগবাননা মাগী অপান্বহু য়াবিখি, অদুনা ভগবাননা মচামকপু অত্রি মুনিদা মচানুপা ওইনা পীবিখি। ভগবানগা মহাক্কী ভক্তশিংগা লৈনবা বাৎসল্য রসগী খুদম য়াম্না পীনিঙাই লৈ। ভগবানসু অসীম (ওমথৈ-নাইদবা) ওইবনিনা মহাক্কী বাৎসল্যারসগী মপা ওইবা ভক্তসু ওমথৈ নাইদবমথৈ য়াম্মী। অৎইবমক্তি ভগবান্দি জীব পুম্নমক্কী মপানি, অদুবু ভগবান্‌গা মাগী ভক্তশিংগা লৈনরিবা দিবা প্রেম-রসগী ১রম্না ভগবাননা ভক্তগী মপা ওইবগী শ্রদ্ধগী ভক্তগী মচা ওইবনা হেন্না নুংঙাইজে। মপা ওইবা মীনা তশেংনমক মচাগী সেবা তৌয়ি অদুগা মচা ওইবনা মপাদগী অদু পীয়ু অদা পীয়ু হায়দুনা সেবা পঙতান্দা তাম্নী: মরমসিনা ভগবানবু মতম পুম্বদা সেবা তৌনীংবা শুদ্ধ ভক্ত অমনা ভগবান্‌বু মচা ওইনা ফংজনীঙঙী, ভক্তগী মপা ওইবা পামদে। ভগবানসু মসিগুম্বা সেবাদো ভক্তদগী লৌয়ি, মতৌ অসুম্না ভক্তনা ভগবান্দগী অহেন্‌বা হায়বদু ওইরকয়ি। নিরাকারবাদীশিংনা ভগবান্দা তিন্‌বা পাম্মী, অদুবু ভক্তদি অদ্বৈতবাদী অথোইবা অদুগী অপান্বদগী হেন্দোক্লবনিনা ভক্তনা ভগবান্দগী অহেন্‌বা হায়বদু ওইবনি। ভগবানগী মপামমা অমদি সম্বন্ধী অতৈসু ভগবান্‌গা লোয়ননা অন্তরঙ্গ সম্বন্ধ লৈবা মরম্না মহাগী অতাবী ওইনা যৌগিক শক্তি চেন্নী। প্রাকৃত কামভোগ, মুক্তি অদুগা যৌগিক শক্তি পুম্নমক ভক্তশিংনা চেন্নিবা শক্তিশিংগী মমুং চনবনি। মরমদুনা ভগবদ্ভক্তনা হায়রিবা পোৎলমশিংসে য়াগে হায়না তোঙাম্না তাপ্রে। মদু তান্নবদি পুন্সিগী মতম মপুঙ ফানা মাঙকনবনি হায়না লৌয়ি। মরমদুনা পুন্সিগী মমল-য়ান্নবা মতমদি ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা মপুঙ ফানা লেনগদবনি। মদুগী মতুংদা অতৈ অপান্বশিংদুদি মরাইনা ফংজরকপনি। অদুবু হায়রিবশিংসি ফংলবা মতুংদসু ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী মফমদা লঙজকদনবা (অপরাধ তৌকদনবা) চেকশন্‌গদবনি। মদুগী শংশংবা খুদমদি হৈহয়নি; মহাক ভক্তিযোগদা সিদ্ধি ফংলবনি, অদুবু ভক্ত অমদা অপরাধ তৌকবগীদমক ভগবান্ পরশুরাম-না মহাকপু হাৎখি। ভগবাননা মহামুনি অত্রিগী মচানুপা ওইনা পোক্লুনা দত্তাত্রেয় হায়না খ্যায়না খঙনখি।

শ্লোক ৫

**তপ্তং তপো বিবিধলোকসিসৃক্ষয়া মে আদৌ সনাৎ স্বতপসঃ স চতুঃসনোঽভূৎ।**
**প্রাক্‌কল্প সংপ্লববিনষ্টমিহাত্মতত্ত্বং সম্যগ্ জগাদ মুনয়ো যদচক্ষতাত্মন্॥৫॥**

তপ্তম তপ তৌববা; তপঃ—তপ; বিবিধলোক -মরোল মথল মখা, সিসৃক্ষয়া—শেম্নীংদুনা; মে - ঐগী, আদৌ অহানবদা; সনাৎ -পরমেশ্বর ভগবান্দগী; স্বতপসঃ- ঐনা তপ তৌবা মরম্না; সঃ—মহাক (ভগবান); চতুঃ সনঃ - সনৎকুমার, সনক, সনন্দন অমসুং সনাতন কৌবা কুমার মরি; অভূৎ—ওইখি; প্রাক্—মমাঙগী, কল্প—সৃষ্টি; সংপ্লব —ঈচাওদা, বিনষ্টম্ —মাঙ তাক্লবা; ইহ - ইহলোক অসিদা; আত্ম আত্মা, তত্ত্বম্ অওইব রা, সম্যক্—মপুঙ ফানা, জগাদ—ফোঙদোকখি; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; যৎ— মদুবু, অচক্ষত - শংশংনা উখি, আত্ম -আত্মাদা,।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোক মথল ময়াম সৃষ্টি তৌনীংবদগী ঐহাক তপ কল্লা তৌখি; ভগবাননা ঐবু পেন্‌বিরদুনা সন (সনক, সনৎকুমার, সনন্দন অমসুং সনাতন) মরি থোক্লা পোক্লকখি। মমাঙগী কল্পদা আত্মতত্ত্ব মাঙজুরবনি অদুবু সন মরিসিনা তত্ত্বদু কয়ামুক ফজনা ব্যাখ্যা তৌখিবগে হায়ববু মদুবু (তত্ত্বদুবু) মুনিশিংনা শংশংনা উখি।

নৈনয়োল

'বিষ্ণুসহস্রনাম' কৌবা লাইরীক্তা ভগবান্‌গী মিং 'সনাৎ' অমসুং 'সনাতনতম' হায়বা য়াওরি। ভগবান্নে জীবাত্মাশিংনে অনীমক গুণতঃ য়েংলুরগদি 'সনাতন' হায়বদি নিত্য (হোংবা-নাইদবা) অক্লি,

অদুবু ভগবান্দি 'সনাতনতম' হায়বদি পুঙহেন হেন্না নিত্য ওইবা হায়বদুনি। জীবাত্মাশিংদি সনাতন ওই হায়ববু সনাতনতম হায়বদুদি নত্তে, মরমদি জীবাত্মাদি অনিত্য ওইনবা লৈথা তাগল্লী। মরমসিনা শীডপারকপদা জীবাত্মাশিংদি 'সনাতনতম' ওইবা ভগবান্‌গা খেন্নে।

'সন্' হায়বা শব্দগী অর্থ অমনা 'দান' (লেন্না পীবা) হায়বনি। মরমদুনা লৈজবা পুন্নমক ভগবান্দা কংথোকপা মতমদা মহুৎ ওইনা ভগবান্না মহামকপু ভক্তদা পীথোকয়ি। হায়মসি ভগবদ্গীতাদসু য়াওরিবনি (৪।১১): 'যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে'। ব্রহ্মানা মমাংগী কল্পদা তৌথিবগুম্না জগৎ সৃষ্টি তৌনীংখি, মরমদি হৌখিবা মহাপ্রলয়দা পরতত্ত্বগী জ্ঞান অদু জগৎতগী পুম্নাও মাংখিরম্মী, অদুনা মহাক্না পরতত্ত্ব জ্ঞান অদুবু অমুক নৌনা পুথোক্লীংলম্মী; অদু নত্রগদি সৃষ্টি তৌবগী কান্নবা লৈত্তে। দিবা জ্ঞান অসি তঙাইফদনা চঙদবা য়াদে মরমদুনা মতম পুসদা বন্ধ ওইববা জীবশিংদা সৃষ্টিগী কল্প খুদিংদা অবান খুভম ফংননবা তানজা অমা পীনবী। ব্রহ্মাতিগী থবক অসি ভগবান্না খুংহন্নবা হায়দুনা সনক, সনৎকুমার, সনন্দন অমসুং সনাতন কৌবা সন মরি অসি মাগী মচানুপা ওইনা থোরকখি। ভগবানগী জ্ঞান অদুনা সন মরিসি ওইনা অবতার তৌবনি, মবমঙনা মখোয়না দিব্য-জ্ঞান-বু অসুক্কী মতীক শুগায়না তাকখিবগে হায়ববু মহামুনিশিংনা জ্ঞান অদু য়াম্না লায়না মযুৎতানা থঙখি। কুমার মরিসিগী খুদুং ইন্দ্রনা কনাগুম্বা অমনা মাগী অদুবদা পরমেশ্বর ভগবানবু ফংবা ঙমগনি।

শ্লোক ৬

**ধর্মস্য দক্ষদুহিতর্য্যজনিষ্ট মূর্ত্যাং নারায়ণো নর ইতি স্বতপঃপ্রভাবঃ।**
**দৃষ্ট্বাত্মনো ভগবতো নিয়মাবলোপং দেব্যস্ত্বনঙ্গপৃতনা ঘটিতুং ন শেকুঃ॥৬॥**

ধর্মস্য—ধর্মগী; দক্ষ—প্রজাপতি অমগী মিং, দুহিতরি—মচানুপীদা, অজনিষ্ট—পোকখি, মূর্ত্যাম মূর্ত্তি কৌবীদা; নারায়ণঃ—নারায়ণ; নরঃ—নর, ইতি—অসুম; স্ব-তপ—মহামক্কী তপ, প্রভাবঃ—মতীং, দৃষ্ট্বা—উদুনা, আত্মনঃ—মহামক্কী, ভগবতঃ—ভগবান্‌গী, নিয়ম অবলোপম্ নিয়ম থুগায়বা; দেব্য অপ্সরাশিং; তু—অদুবু, অনঙ্গ-পৃতনাঃ—কামদেবগী লোইন; ঘটিতুম—থোরপা, ন নত্তে, শেকু—ঙমখি

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না মহামক্কী তপ-কী মতীঙ উংকে হায়দুনা ধর্মগী পত্নী অদুগা দক্ষগীনা মচানুপী মূর্ত্তিগী গর্ভদা নারায়ণ অমসুং নর হায়না ফাইবোক পোকখি। কামদেবগী লোইন অপ্সরাশিনা মহাক্কী ব্রত থুগায়গে হায়না মনাক্না চংখি, অদুবু মখোয়না থুগায়বা ঙমখিদে মরমদি অপ্সরাশিং সিনা মখোয়গুম্বী ব্ৰা ভগবান্দগী থোরকপদু উখি।

লৈনথোল

ওইরিবা খুদিংমক্কী থোরকফম ওইবা মরম্না ভগবান্দি তপ পুন্নমক্কীসু থোরকয়ম্মি। আত্মজ্ঞান ফংবা ঙম্নবা তপস্যাগী মহাব্রত কয়া মুনি ঋষিশিংনা তৌয়ি। মীওইবা মপোক্নে ব্রহ্মচর্য্যগা লোয়নননা অসিগুম্বা তপস্যা তৌননবগীদমক পোকপনি। তপস্যাগী অচেৎপা পুন্সিদা নুপীগা সঙ্গ তৌবা য়াদে। মীওইবগী পুন্সিগীদি তপস্যাগী, আত্মজ্ঞানগী লেনগদবা ওইবনা সনাতনধর্মনা হায়বদি বর্ণাশ্রম ধর্মনা পান্না তংশংবা মানব-সভ্যতানা পুন্সিগী আশ্রম অহুমদদি নুপী সঙ্গ তৌবা য়াদে হায়রি। সংস্কৃতিগী অসুম অসুম মথং-মনাও ওইনা কাথংলকপগীদমক পুন্সীবু শরুক মরি থোক্লা থায়দোকয়ি, মদুদি ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাস। পুন্সীগী অহানবা আশ্রমদা মী অমবু মানা চহী কুম্মঙাশুবা ফাওবদা মতীক-

চাবা গুরু অমগী মখোঙদা ব্রহ্মচারী অমা ওইনা শিক্ষা পীগদবনি, মতুদা মাবু খঙহনগদবদি মুপী হায়বসি সংসারদা পুন্ননবা শক্তি অমনি হায়বসিনি। সংসারগী মায়িক বন্ধনদগী নাম্বোক্কে হায়রবদি মহাক মুপীগী মূর্ত্তিনা মপূরুক্লীং হুহন্দনবা শোয়দনমক তৌগদবনি। মুপী হায়বদি অমোম হায়বসে জীবগীদি পুক্নীং হুনঙাই পোৎশক অমনি। অদুগা লাবগী জাৎনা থোইদোক হেন্দোক্লা মীওইবা জাতিগী মুপা হায়বসিনা আত্মজ্ঞান ফংননবগীদমক্নি। জগৎ পুম্নমক্কে মুপীনা শুমহৎপা ভাক্নি, অদুনা মুপা অমনা মুপী অমগা তিন্নখিবদা মহাক অচেৎপা কিশিনা পুনখ্রবা সংসার-বন্ধন হায়বদুনা খুদক্কা পুল্লবনি। মপুনি হায়বগী শেরান্নবা রাখলগী ময়াইনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইনীংবা হৌবসি মুপা অমনা মুপী অমগা তিন্নবা হেক মতুংদগীনি। যুম অমা পাম্বা, লমগী মপু ওইনীংবা, অঙাঙ চেন্নিঙবা, অদুগা সমাজদা শক্লাইবা অমা ওইনীংবা, সম্প্রদায়বু অমসুং পোক্নফম্বু মুংশিবা, লল পাম্বনচিংবা মায়িক বাসনা পরেং অসিনা মীওইববু রাই চিলহল্লী; মতৌ অসুম তৌখিবনা পুন্সীগী অওইবা উদ্দেশ্য আত্মজ্ঞান হায়বদু ফংননবগী লম্বীদা মীওইবনা অপনবা ময়াম থেংনৈ। অরাঙবা বর্ণগী হায়বদি থোইদোক্লা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্য বর্ণগী চহী মঙা শুরবা মুপামচানা ব্রহ্মচারী ওইদুনা গুরু অমগী মফমদা মানা চহীকুনমঙা শুবফাওবা লাইবীক তম্মী; নিয়ম কন্না ভাক্নুনা চৎপা পুন্সী অমা লেন্দুনা পুন্সীগী লক্ষ্য (পান্দম) করিনো হায়বদু খঙবগা লোয়ননা হিংননবগী থোইদোকপা শিন্দম অমসু পায়। তম্বা লোইরগা ব্রহ্মচারীবু ময়ুমদা হলহল্লী অদুগা য়ুম্বান্নবা হায়দুনা মুপী অমা লুহোংহল্লী। গৃহস্থ ওইনবগীদমক ময়ুমদা হন্দবা ব্রহ্মচারীশু য়াম্না যাওখি মখোয়দুদি অদম ব্রহ্মচারী চপ চানা ওইদুনা মুপী-নহা অমতগা সঙ্গ তৌদবমখৈ লৈ; মখোয়দবু নৈষ্ঠিক-ব্রহ্মচারী কৌয়ি। মুপী লুহোংবা হায়বসি আত্মজ্ঞান ফংনবগী মতাঙদা কান্নদ বা ভাব অমনি অদুগা মদুনা অপনবা পীগনি খন্দুনা নৈষ্ঠিক-ব্রহ্মচারীদি সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌয়ি। যৌন-লিপ্সা (পাদোংনীঙবা) হায়বসি পুন্সীগী মতাঙ অমদা য়াম্না কনবা মরম্না গুরুনা ব্রহ্মচারীবু লুহোংহল্লী; মুপী খিহল্লিবসিগী নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী ওইবা ঙমদবা ব্রহ্মচারীশিংবুনি। মতীক চাবা গুরুতনা অসুম্না মীখল মতুং ইন্না চংথহল্লী। যুম্বাল-থোরাং (*family plannig*) তৌবগী কার্য্যক্রম (*programme*) অমা শেমফম থোকয়ি। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈকরবা মতুঙদা শাস্ত্রগী বিধি মতুঙ ইন্না গৃহস্থ অমনা মুপীগা সঙ্গ তৌরবদি মহাক কদোম্ভৈদসু হুই-হৌদোংগী য়ুম্বানবগুম পাল্লোই। অসিগুম্বা গৃহস্থদি চহীয়াঙখৈ শুরগা বানপ্রস্থ অমা ওইনা মুপীগী সঙ্গ থাদোক্কদবনি অদুগা মুপী য়াওদবমখৈ মথম্তা লৈবা হৈনবা তমগদবনি। মদুম্না তম্বদু লোইরবা মতুঙদা বানপ্রস্থ অদুনা সন্ন্যাসী ওইগদবনি, মতমদুদা মুপী হায়বা মখৈগা করি হায়নি মাগা লুহোংলুবা মুপীগকাওবা সঙ্গ তৌফদে। মুপী সঙ্গ হায়বা রাকমসি মরীক চুন্না নৈনকবগা উবা ফংবদি অসিনি মদুদি মুপী হায়বসে আত্মজ্ঞান ফংবগী মতাঙদা খূদি থীনঙাই পোৎ অমনি। মুপীগা সঙ্গ তৌফদে হায়বা রাকমসি তাকপীগে হায়দুনা ভগবান্না মুপী-থিদবা হায়বা পুন্সী-ব্রতসি লৌদুনা ভগবান্না নারায়ণ ওইনা অবতার তৌবনি। লাইয়াম্না নৈষ্ঠিক-ব্রহ্মচারীশিংগী অকনবা তপ-কী পুন্সীবু কলক্লদুনা কামদেবগী লাম্মী ময়াম (অপ্সরাশিং) থারক্লুনা ব্রহ্মচারীশিংগী ব্রত কায়-হন্নবা হোৎনৈ। অদুবু ভগবানবুদি কর্রিসু তৌথা ঙমদে মবমদি ভগবান্না মহাদগী শকহেনবী কয়ানা শীঙনাইদবমখৈ মাগী যোগ শক্তিনা পুথোক্লম্মী, অদুনা মপান্দগী লাকপা শকহেনবীশিংনা মহাকপু শুম-হৎপা ঙমদে। সন্দেশ-য়োনবা মীনা মানা য়োক্লিবা সন্দেশদু কদোম্ভৈদসু চানীংলুবা লৈতে হায়বা পাউরৌ অমা লৈ। মতম পুম্নমক্কা সন্দেশ শাবা মীনা সন্দেশশিংদু করিমতা চানীংদুনা মিতাদে, অদুগুম্না ভগবানসু মাগী আনন্দ শক্তিনা শকফজবী ময়াম পুথোকপা ঙম্মী অমসুং প্রাকৃত জগৎকী মুপী-শিংনা মহাকপু শুমহৎপা ঙমদে। রাসি খঙদবা মীতানা ইপঙ পঙনা হায়বা শাই মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দা-বন দা রাস-লীলাদা মুপীশিংবু সম্ভোগ তৌয়ি অদুগা দ্বারকাদা মাগী লুংহোঙদুনা লৌবা মুপী লীশীং তরাতন্নকপু সম্ভোগ তৌখি।

শ্লোক ৭

**কামং দহন্তি কৃতিনো ননু রোষ দৃষ্ট্যা রোষং দহন্তমুত তে ন দাহন্ত্যসহ্যম্।**
**সোঽয়ং যদন্তরমলং প্রবিশন্ বিভেতি কামঃ কথং নু পুনরস্য মনঃ শ্রয়েত ॥৭॥**

কামম্—কামবু; দহন্তি—চাকৃথেকয়ি; কৃতিনঃ—রুদ্রদেবনচিংবনা; ননু—অদুবু; রোষদৃষ্ট্যা—অশাওবা মীৎয়েঙনা; রোষম্—অশাওবগা; দহন্তম্—চাক্লবা; উত—বসু; তে—মখোয়না; ন—ঙমদে; দহন্তি—চাকথেকপা; অসহ্যম্—খাঙঙমদবা; সঃ—মহাক; অয়ম্—অদুনা; যৎ—মতুনা; অন্তরম্—পুক্নুংদা; অলম্—অদুম ওইনমক; প্রবিশন্—চঙদুনা; বিভেতি—কি; কামঃ—কাম; কথম্—করম্না; নু—তশেংবদি; পুনঃ—অমুক; অস্য—মহাক্কী (ভগবান্গী); মনঃ—পুক্নীং; শ্রয়েত—চঙজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশিবনচিংবা দেবতাশিংনা অশাওবা মীৎয়েংনা কামবু চাকথেকয়ি অমসুং মায়থীবা পী, অদুম ওইনমক মখোয়গী মরম্নাই অশাওবগী ফলদগীদি মখোয় নান্থোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা অশাওবদি ভগবান্গী চিত্তদা খক চঙবা ঙমদে, মরমদি মহাক্কি পুম্নমক্কিগী মপুনি। মরমদুনা কাম-না ভগবান্গী চিত্তদা করম্না চঙবা ঙম্গনি ?

নৈনরোল

শ্রীরুদ্রশিবনা তপ কম্না তৌরিঙৈদা কামদেবনা মাগী তেন কাপখি। শ্রীশিবনা কামদেবদা য়াম্না শাউনা য়েংখি অমসুং খুদক অদুমক্তদা কামদেবগী হকচাঙ অদু চাক্থেক্খি। শ্রীশিবদু শক্তি অস্তক চেম্নবসু অশাওবগী ফলদগীদি নাম্থোকপা ঙমখিদে। অদুবু শ্রীবিষ্ণুদি মতৌ অসুম্না খক শাউদে। শাউবদি লায়রবদুনা, ভৃগুমুনিনা তৌগে হায়ৰা অমা য়াওনা বিষ্ণুগী থবাক্তা খোঙপাক্তা কাউশন্দুনা বিষ্ণুগী অখাঙকন্বদুগী চাংয়েংখি। অদুবু ভৃগুমুনিবু শাউবগী মহুত্তা, মাগী কল্লবা থবাক্তা থেংনবদগী মুনিগী খোংলবা খোঙ অদু নায়ম্লগনি হায়দুনা মুনিদা ভাকপীয়ু হায়জখি। ভগবান্ বিষ্ণুগী থবাক্তা ভৃগু-মুনিগী খোঙফম্ অদু খাঙব-কন্বগী খুদম ওইনা লৈখি। মরমসিনা ভগবান্বুদি অশাওবা হায়বদুনা করিমতা তৌবা ঙমদে, অদুনদি অশাওবদগী হেন্না পাঙ্গল শোন্বা কাম হায়বদুনা ভগবান্দা করি তৌবা ঙমগনি ? কাম পুরণ ওইদ্রগদি অশাওবা পোকয়ি, অদুবু অশাওববু লৈত্রবদা কামগী মথম কৈদনো ? ভগবান্দি 'আপ্তকাম-নি' হায়বদি মহাগী অনীং-অনীংবদু অদুম থুংবা ঙমজে। মাগী নীংবদু থু বদা অতোপ্পা কনা অমগী মতেঙ দরকার ওইদে। ভগবান্দি ঙমখৈ নাইদবনি (অসীম-নি) অদুনা মাগী অপাম্বসু ঙমখৈ-নাইদে। ভগবান্ নত্তনা জীব পুম্নমক্কি হীরম খুদিংমক্তা ঙমখৈ নাইবা ঙাক্কি। মরমদুনা ঙমখৈ নাইবনা (সসীমনা) ঙমখৈ-নাইদববু (অসীমবু) পেলহন্বা ঙমগদগে ? নৈনবসিগী রা হায়ববু অদ্বয় পরতত্ত্ব ভগবান্গীদি কাম সু লৈতে অশাওবসু লৈতে হায়বনি। করিগুম্না মতমদা মাগী কাম নত্রগা অশাওবা উৎলক্লবদি মদুবু পুঙশেঙ শেঙবা মঙ্গলগী মশক্তি হায়না লৌগদবনি।

শ্লোক ৮

**বিশ্বঃ সপত্ন্যুদিতপত্রিভিরন্তি রাজ্ঞো বালোঽপি সন্নুপগতস্তপসে বনানি।**
**তস্মা অদাদ্ ধ্রুবগতিং গৃণতে প্রসন্নো দিব্যাঃ স্তুবন্তি মুনয়ো যদুপর্যধস্তাৎ ॥৮॥**

বিশ্বঃ—খুরবা; সপত্নী—লোম্নবী; উদিত—হায়রকপা; পাত্রিভিঃ—অকন্বা রাঙৈনা; রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী; বালঃ—অঙাঙ; অপি—ফাওবা; সন্—ওইদুনা; উপগতঃ—লৌখি; তপসে—তপস্যা; বনানি—উমংদা; তস্মৈ—মরমদুনা; অদাৎ—মনা ওইনা পীখি; ধ্রুবগতিম্—ধ্রুবলোকদা চৎনবা লম্বী; গৃণতে—হায়জরবদা; প্রসন্নঃ—পেন্বিরদুনা; দিব্যাঃ—থক্কী লোকবাসীশিংনা; স্তুবন্তি—স্তুতি তৌয়ি; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; যৎ—মহুদা; উপরি—মথক্তা; অধস্তাৎ—মখাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উত্তানপাদ নিংথৌগী মমাঙমক্তদা ধ্রুবহু লোম্নবী মমাগী রাহৈ-তেম্না থুম্না পান্‌খিবনা মতাক অঙাঙমক ওইরবস্থু উমংদা তপ কম্না তৌখি। মাগী প্রার্থনাদা ভগবান্না পেন্‌বিরম্নুনা মঙোন্দা ধ্রুবপদ পীবিখি। মথক্তা লৈবা ভৃগুনচিংবা ঋষিশিংনা অহুগা মখাদা লৈবা সপ্তর্ষিশিংনা পদ অহুবু স্তুতি তৌরিবনি।

নৈনরোল

উত্তানপাদ নিংথৌগী মচানুপা মহৎভক্ত ধ্রুবনা চহী মঙাতা শুবা মতমদা মপাবুংঙোগী তম্পাক্তা ফমজরম্মী। নিংথৌনা লোম্নবী মচানুবু লুনা তৌবহু মমা পোক্তবীনা উনীংলমদে, মরমহুনা 'নঙদি ঐনা পোকপা নত্তবনা নিংথৌগী তম্পাক্তা ফম্বা য়াদে' হায়না রাণীনা ধ্রুববু নিংথৌগী তম্পাক্তগী চিংথরম্মী। মমা লোম্নবীগী থৌদোসিনা ধ্রুব য়াম্না ইকাইখি। নিংথৌনস্থু রাণীতোম্বীবু লুনা তৌমন-খিবনা মাগী মীচৈহুদা কন্নিমতা থাম্নমদে। থৌদোক্তগী মতুঙদা ধ্রুবনা মমা অপোকপীগী মনাক্তা চৎলগা রাকৎখি। মমাক্নস্থু মচাবু ইকায়বা পীরকপসিদা কৈহু তৌবা ঙমদে অহুনা কপ্পু নদা তোক্লম্মী। মপাবুংঙোনা ফম্নম্বা নিংথৌ তাঙবন্দা করম তৌরগা ফম্বা ফংগদগে হায়না অঙাঙহুনা মমাদা হংঙ্গরম্মী, গতি-লৈজদ্রবী রাণীনা ভগবাম্তনা মচাবু তেঙবাঙলগদা তাঙবস্তক্তা ফম্বা ফংগনি হায়না খুমখি। ভগবান্‌বু কদায়দা উম্নবা ফংগনি হায়না অঙাঙনা হংখি, মহুদা মমানা খুমখি—ভগবান্দি মহামুনিশিংতনা উমঢ-বামঙদা উম্নে হায়নৈ। অঙাঙ পীখক্তুনা মাগী নীংবা থুংনবা তপস্যা কম্না তৌরুনবা বন-দা চৎকে হায়না লেপখি।

নিংথৌগী মচা ধ্রুবনা য়াম্না চেৎলবা নিয়মগী তপ মখল অমা তৌখি। নিয়ম অসি মঙোন্দা শ্রীনারদ মুনিনা তাকপনি। শ্রীনারদবুস্থু পরমেশ্বর ভগবান্না ধ্রুবদা পাউতাক পীরুনবগীদমক থারক্লস্বনি। শ্রীনারদ মুনিনা ধ্রুবদা ময়েক তরানিপান্না শাবা (তষ্টাদশাক্ষর) 'ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়' হায়বা মন্ত্রসি পীহুনা দীক্ষা পীখি। অহুগা ভগবান্ বাসুদেবনা পৃশ্নিগর্ভ হায়না চতুর্ভুজ মূর্ত্তি লৌহুনা অবতার তৌহুনা সপ্তর্ষিমণ্ডলগী মথক্তা লৈবা লোক অহু ধ্রুবদা পীখি। রাজকুমার ধ্রুবহু মানা তৌজরুবদা মহৈ যাম্নহুনা ভগবান্‌বু সাক্ষাৎ থেংনজখি; মাগী নীংবা পুম্নমক থুংলহুনা পেনজখি।

রাজকুমার ধ্রুবদা পীবিখিবা লোক অহু বৈকুণ্ঠগী লোক অমনি। বৈকুণ্ঠগী লোক অসিবু পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেবগী ইচ্ছানা প্রাকৃত জগৎতা থম্বিখি। প্রাকৃত জগত্তা লৈরবস্থু ধ্রুবলোক অসিদি মহাপ্রলয়গী মতমদা মাঙ-তাক্পা লৈররোই, অহুম মফম অমদা থিন্দুনা লৈরগদবনি। ধ্রুবলোক অসি মাঙ-তাক্লরোইদোবা অমা ওইবনা মাগী মখাদা লৈবা সপ্তর্ষিমণ্ডলবাসীশিংনা অমম্নুং মাগী মথক্তা লৈবা লোকশিংনফাওবা স্তুতি তৌখি। ধ্রুবলোকগী মথক্তা মহর্ষি ভৃগুগী লোক লৈ।

অহুনা ভগবান্না মহামক্তী শুদ্ধভক্ত অমবু পেলহন্নবগীদমক্তা পৃশ্নিগর্ভ হায়না অবতার তৌখি। শুদ্ধভক্ত নারদমুনিনা দীক্ষা পীরবা মতুংদা মথক্তা পনখিবা মন্ত্রসি শোন্দুনা কুমার ধ্রুবনা সিদ্ধি ফংখি। মহানা তৌনীংনা তৌরবা মী অমনা ভগবান্‌বু উজগে হায়রবা অহুগা মানা পামজবহু সিদ্ধ ওইনবা শুদ্ধ ভক্ত অমনা গুরু ওইরবা—অহু ওইরবদি মীহুনা নীংবদো শোয়দনমক থুংগনি। মতীকচাবা গুরুস্থু মীহুনবু পুক্নীং চপ যুংলবদি অহুম মরাইনা মমাঙদা থুংলগনি।

ধ্রুবগী রারীদি মরীক চুম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মরিশুবা স্কন্ধদা পাঠ তৌবা ফংগনি।

শ্লোক ৯

**যদ্বেনমুৎপথগতং দ্বিজবাক্যবজ্র-নিষ্প্লুষ্টপৌরুষভগং নিরয়ে পতন্তম্ ।**
**ত্রাত্বার্থিতো জগতি পুত্রপদঞ্চ লেভে দুগ্ধাবসূনি বসুধা সকলানি যেন ॥৯॥**

যৎ—মতমদুদা; বেনম—বেন নিংথৌদা; উৎপথগতম্—লম্বী শেরান্নবা চৎলবা; দ্বিজ—ব্রাহ্মণশিংগী; বাক্য—শাপ তৌবগী বাহৈ; বজ্র—নোংমৈ শীঙজঙ; নিষ্প্লুষ্টঃ—চাকথেল্লবা; পৌরুষ—থবকশিং; ভগম্—লন; নিরয়ে—নরক কোমদা; পতন্তম্—তাবা; ত্রাত্বা—লৌথৎতুনা; অর্থিতঃ—হায়জরবা; জগতি—জগত্তা; পুত্রপদম্—মচা ওইবগী মফম; চ—সু; লেভে—ফংখি, দুগ্ধা—শঙ্গোম শুম্বদৌনা শুমখি; বসূনি—পোখোক-লন; বসুধা—পৃথিবী; সকলানি—মখল পুম্নমক; যেন—মানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেন নিংথৌনা লম্বেল শেরান্নবা চৎপদগী ব্রাহ্মণশিংনা মহাকপু বজ্রগা মান্নবা শাপ তৌখি। মহুদগী মাগী অচৌবা থবকশিংগা অমস্যুং মরল মথুমগা লোয়নবা বেন নিংথৌবু শাপ অতুনা চাকথেকখি অমস্যুং নরক কোমদা তাখি। ভগবান্না চানবীদুনা মাগী পৃথু কৌবা মচা ওইনা অবতার তৌখি অদুগা শাপ যংলবা নিংথৌ বেনবু নরক-কোমদগী লৌথৎপীখি অদুগা মহৈমরোং জাৎ শুনা পৃথিবীদগী শুমদুনা পুথোকখি।

নৈনরোল

বর্ণাশ্রমধর্ম্মগী মতুং ইন্না ধর্ম্মচেনবা অমস্যুং বিদা-লৈবা ব্রাহ্মণশিংতনা সমাজগী হৌনশা অভিভাবকনি (মপী মপানি)। ব্রাহ্মণশিংনা মখোয় মুৎশিবা হায়বা খুৎলাইনা শাসন-পুবা নিংথৌশিংদা ধর্ম্ম কায়দব-মখৈ কবম্না শাসন তৌগদগে হাযবগী মরমদা পাউতাক-পাউমেনগনি; মদুগী ফল ওইনা রাষ্ট্রনা য়াইফবা পুরকুবা রাষ্ট্র অমা ওইগনি। নিংথৌশিং হায়বদি শাসন পুবা ক্ষত্রিযশিংনা মতম পুম্বদা বিদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংগী সভাগা রা তানগদৌবনি। মতমদুগী নিংথৌশিংদি মনীঙ-তম্না নিংথৌ থক ওইরমদে। মনুসংহিতা অমদি মহর্ষিশিংদি লেংলম্না শাস্ত্রগন্থশিংগী রা মতুং ইন্না প্রজাশিংবু শাসন তৌরম্মী। অদুনা বুদ্ধি-রাৎপা মীশিংনা প্রজাতন্ত্রগী নামদা আইন লেংলুবগী দরকার লৈরমদে। বুদ্ধি-রাৎপা মীচম মরাম্না মখোয়গী য়াইফনবগী মরমদা থোইনা খঙবা নত্তে। মদুদি অঙাঙ পিশক অমনা মচাগী যাইফনবা করিনো খঙদবগুম্বনি। হৈশিংবা মপানা কবিস্যু-খঙজদবা মচাপিশকপু চাওখৎপগী লম্বীদা লমজিংবী অদুগা অঙাঙগুম্বা মীযামশু অসিগুম্বা লমজিং লৌফম থোকযি। যাইফ-য়ুম্বানগী চৎনবী লোন পুম্বা মনুসংহিতানচিংবা বৈদিক সাহিত্যদা য়াওদুনা লৈববনি। লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা দেশ কাল পাত্র য়েংদুনা করিগুম্বা অমা থোকপদা নিংথৌদা ময়াম্না চৎনরীবা লাইরীকশিংগী রা মতুং ইন্না পাউতাক পীরম্মী। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংসে নিংথৌনা তলব পীবা কর্ম্মচারী নত্তে, মরমদুনা মখোয়না শাস্ত্রগী রাহু চপচানা নিংথৌদা হায়বা ঙম্মী। মস্যুম্না তৌবদি মহারাজ চন্দ্রগুপ্তগী হাকুন্নুযাওবা তৌনম্মী; চাণক্য ব্রাহ্মণ-না মাগী তলব যংদবা প্রধানমন্ত্রী ওইবম্মী।

মহারাজ বেন অদু হায়রিবা শাসন মতৌসি চপচানা চৎলমদে; মহাক শাস্ত্র-খঙবা ব্রাহ্মণশিংগী রা লৌরমদে। পুকচেল-চাওবা ব্রাহ্মণশিংনা মচা মচাগী ওইজবা থিরমদে অমস্যুং প্রজাপুম্বগী মপুঙ-ফানা য়াইফনবগী রাদমক থল্লম্মী। মখোয়না বেন নিংথৌবু মবমচৎ ফত্তবগীদমক শাক্তি পীনিংলম্মী, মরমদুনা মখোয়না ভগবান্দা প্রার্থনা তৌবগা লোয়নননা নিংথৌবু শাপ তৌখি।

পুন্সী শাংবা, হায়বা ইন্বা, মিংচৎফবা, ধার্ম্মিক ওইবা, অরাংবা লোকশিংদা কাবা অমস্যুং অচৌবা মীনা পীবা বর—অসি পুম্নমক মহাত্মা অমগী রা লৌদবা মতমদদি করিমতা কাম্নদে। অদুনা মহাজন-শংনা চৎপা খুদুং ইন্নবা ঐখোয় খুদিংনা চেকশন্না হোৎনগদবনি। মহারাজ বেন মহাকী পূর্ব্বজন্মগী পুণ্য

কর্ম্মগী ফল ওইনা নিংথৌ ওইখি অদুবু মহাক্না মহাজনশিংবু তৌগে হায়বা অমা য়াওনা থওইরমদে মরম-দুনা মাগী পুণ্যফল পুম্নমক মাঙবগী শাস্তি ফংখি। বামন পুরাণ-দা মহারাজ বেনগী ৱারী অমসুং মাগী লৈখা তাবগী ৱাস্থ মরীক চুম্না বর্ণন তৌরি। মহারাজ পৃথুনা মপাবুং বেন মহারাজনা ম্লেচ্ছ অমগী ইমুংদা কুষ্টরোগ তৌদুনা ৱাদুনা লৈবদা নরক-দশা ওইবগী পাউ তারদুনা মপাবুং বেন নিংথৌবু কুরুক্ষেত্রদা শেংদোক্লবা পুরগা অৱাবা পুম্নমক্তগী কোকহন্‌খি।

ব্রাহ্মণশিংনা পৃথিবীদা কাংখোং চাইরিবদু কোকহন্নবা ভগবান্দা স্তুতি তৌবগী ফল ওইনা ভগবান্না পৃথু মহারাজ ওইনা অবতার তৌখিবনি। মহাক্না মহৈ-মরোং জাংশুনা পুথোকখি। অদু তৌবগা লোয়্নন লোয়্ননা মপাবুংবু নরক-দশাদগী উদ্ধার তৌবা মচা অমগী মথৌদু পাঙথোকখি। পুত্রগী অর্থদি পুৎ-কোবা নরক অদুদগী তারণ তৌয়ি (লোখৎলী) হায়বনি। মদুগুম্বা মীতনা মতীকচাবা মচানি।

শ্লোক ১০

**নাভেরসাবৃষভ আস সুদেবিসূনুর্যো বৈ চচার সমদৃগ্‌ জড়যোগচর্য্যাম্‌।**
**যৎপারমহংস্যমৃষয়ঃ পদমামনন্তি স্বস্থঃ প্রশান্তকরণঃ পরিমুক্তসঙ্গঃ॥১০॥**

নাভেঃ--মহারাজ নাভি; অসৌ--শ্রীহরি; ঋষভঃ—ঋষভ; আস—ওইখি; সুদেবি—সুদেবী; সূনুঃ--মচানুপা; যঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক, চচার—তৌখি; সম দৃক্—মিৎয়েং-মান্নবা; জড়—প্রাকৃত; যোগ-চর্য্যাম—যোগ তৌবা; যৎ—মদু; পারমহংস্যম্—পরমহংসগী; পদম্—মফম; আমনন্তি—লৌখি; স্বস্থঃ—ফীভম-হোংদবা, প্রশান্তঃ—পাথৎতবা; করণঃ—ইন্দ্রিয়শিং; পরিমুক্ত—মপুঙফানা নাম্থোক্লবা (মুক্ত ওইরবা), সঙ্গঃ প্রকৃতিগা শম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্না নিংথৌ নাভিগী ৱাণী সুদেবী মচানুপা ওইনা অবতার তৌখি অদুগা ঋষভ হায়না খঙনখি। ঋষভনা মপুক্নীং ফাজনবা য়াননবা জড়যোগ সাধন তৌখি। মতাঙ অসিবু খ্বাইদগী পুঙহেন্‌-হেনবা মুক্ত ওইবনি হায়না লৌনৈ, ফীভম অসিদা মী অমনা মছাগী ওইফম থোকপা ওইবা অমদি পুঙপেন্‌পেনবা ঙমজবা হায়বদু ওই।

নৈনরোল

আত্মদর্শনগীদমক তৌবা যোগ মখল ময়ামগী জড়যোগ হায়বসিদু মহাজনশিংনা য়ানরবা অমনি। জড়-যোগ অসিদা সাধক অদুনা লোম্থোক্তবা নুঙদুম অমগুম ওইননবা সাধন তৌয়ি অদুগা প্রাকৃত ওইবা থবক্না মঙোন্দা চঙবা ঙমদে। মপান্দগী যৈরকপা থোৎলকপা পুম্নমক নুঙদুম অমনা থৌশাদবগুম্ জড়যোগ তৌবা সাধক অমনা মঙোন্দা যৈবা শুবা অমদি শোক্লকপদা করিমতা নাচুংবিদে। মসিগুম্বা যোগীশিংনা মছাদা অৱাবা মথক্তনা পী, অদুনা মানা ক্ষুর নম্নগা অতে থুংলাই য়াওদনা মথুংনা মশম ফোয়্‌-দৎচৈ। অসিগুম্বা জড়যোগ শাস্ত্রবগী অশেঙবা মরমদি প্রাকৃত সঙ্গদগী নাম্থোক্লগা স্বস্থ (ফীভম-হোংদবা) ওইনবগীদমক্তনি। পুন্দীগী অরোয়বা মতাঙদদি হকচাঙদা অকায়বা তৌরকপদা থৌশাদদুনা অঙাওবগী মতৌগুম নিংথৌরেল ঋষভ কোয়চৎ চৎতুনা লেনখি। মশম মনা ইশাং-শাংনা মফী থোক্না কোয়-চৎ-চৎপা উবদা জ্ঞান-লৈতবা অঙাঙশিংনা অমসুং লমজাউ-সোড়োক্নী মীচমশিংনা মঙোন্দা তিন্‌ শীৎ-চল্লম্মী অদুগা মথক্তা ঈশীং চৎশল্লম্মী। মহাক্না মানা ফায়বা অমাংবা মথক্তা অদুম হীপচল্লী, থক লাপ্পা চৎথোক্কে। অদুবু মাগী অমাংবদু মনম-মুংশিবা লৈরাংগুম্না মুংশি, অদুনা সাধু অমনা মহাকপু

পরমহংস হায়বদি অরাওবা থাক্কী সিদ্ধ পুরুষ অম নি হায়না খঙঙী। কনাগুম্বনা মহাগী অমাংববু মনম মুংশিন্হনবা ওমদ্রবদি মহারাজ ঋষভগী মতৌ তম্নবা য়াদে। জড়যোগ হায়বা সাধন অসি ঋষভদেব অমদি মহাক্না সিদ্ধপুরুষতনা তৌগদবনি। অদুগা মসিগুম্বা অতাওবা সাধন-দি মীচম অমনা তৌবা ওয়া নত্তে।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবা 'জড়যোগ' সাধন অসিগী পান্দমদি (উদ্দেশ্যদি) 'প্রশান্তকরণঃ' হায়বদি ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বনি। যোগ হায়বসিদবু মখিং অমা অমা থোৱবস্তু যোগতু তৌবগী উদ্দেশ্যদি প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্বনি অদুগা আত্মা-উপলব্ধিগীদমক সেম্-শাবনি। হৌজিক চৎলিবা যুগ অসিদদি জড়যোগ সাধন তৌবা ঙইথোক্তে, অদুগা ভক্তিযোগ চৎপদি য়াগনি মরমদি হৌজিক ঙইরিবা যুগসিগী চানবা যোগনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা অচুম্বা থোরকফম অসিদগী বা খরা শ্রবণ তৌবা হায়বা সাধন ভক্তিসিনা যোগগী খ্বাইদগী রাংবা সিদ্ধি ফংহন্গনি। ঋষভদেবসে নাভি নিংথৌনা পোকপনি অদুগা অগ্নিধ্র নিংথৌগী মশুন্পানি। মহাক নিংথৌ ভরতপু পোকপনি। ভরত নিংথৌগী মিংসিদগী লৌচুনা ভূলোক অসি ভারতবর্ষ হায়না খোনখিবনি। ঋষভদেবগী মমাগী মিংদি শ্লোকসিদা সুদেবী হায়রবস্তু মহাক মেরুদেবী কৌয়ি। সুদেবীসি নাভি নিংথৌগী অতোপ্পা মুপীনি হায়না করিগুম্বা মতমদা হায়নৈ, অদুবু অতোপ্পা মকম অমদা নিংথৌ ঋষভবু মেরুদেবীগী মচানুপানি হায়না পনবনিনা মেরুদেবীগা সুদেবীগা মী অমতনি মমিংনা অনী শুবগী রাতনি।

## শ্লোক ১১

**সত্রে মমাস ভগবান্ হয়শীরষাথো সাক্ষাৎ স যজ্ঞপুরুষস্তপনীয়বর্ণঃ।**
**ছন্দোময়ো মখময়োঽখিলদেবাত্মা বাচো বভূবুরুশতীঃ শ্বসতোঽস্য নস্তঃ ॥১১॥**

সত্রে—যজ্ঞদা; মম—ঐগী; আস—থোরকখি; ভগবান্—ভগবান্; হয়শীরষা—শগোল মকোক পান্দুনা; অথঃ—মতুংদা; সাক্ষাৎ—শংশংনা; সঃ—মহাক; যজ্ঞপুরুষঃ—যজ্ঞতনা পেলহন্বা-য়াবা মুপা; তপনীয়—সনা অহিংবা মচুগী; বর্ণঃ—কুচু; ছন্দোময়ঃ—বেদমূর্ত্তি; মখময়ঃ—যজ্ঞমূর্ত্তি; অখিল—পুম্নমক; দেবতা-আত্মা—দেবতা শিংগী থবাই (আত্মা); বাচঃ—খোন, বভূবুঃ—থোরকখি; উশতীঃ—নাকোঙনা তাবদা য়াম্না নুংঙাইবা; শ্বসতঃ—নুংশাসোর হোনবদা; অস্য- মহাক্কী; নস্তঃ- নাতোন মথুলদগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্না ঐনা (ব্রহ্মা) তৌবা যজ্ঞদা হয়গ্রীৱ (শগোল মকোক পানবা) ওইনা থোরকখি। মহাক যজ্ঞ পুরুষনি অদুগা মহাক্কী কুচুনা সনা অহিংবা কুচুনি। মহাক বেদমূর্ত্তিনি অমসুং দেবতা পুম্নমক্কী পরমাত্মানি। মহাক্না নুংশাসোর হোন্দোরকপদা মাগী নাতোন মথুন্দগী বেদমন্ত্রগী থুম্নবা খোন ঙাক্তা থোরকখি।

## নৈনরোল

বেদমন্ত্রশিংদি সকাম কর্ম্মীশিংনা মখোয়গী নীংবা থুংননবা দেবতাশিংবু পেলহন্নবগীদমক ঙাক্লি। অদুবু ভগবান্ মশামক যজ্ঞেশ্বরনি বেদমূর্ত্তিনি। ভগবান্গী সাক্ষাৎ ভক্ত অমা ওইরবদি মহাক অদুম যজ্ঞগী থবক্সু তৌরবনি অদুগা দেবতাশিংবুসু পেলহনবা ওমলবনি। ভগবদ্ভক্তশিংনা বেদনা তাকপা যজ্ঞ অমতা তৌদবসু য়ারে অদুগা দেবতাশিংবু পেলহন্নবা তৌত্রবসু য়ারে; অদু তৌত্রবসু ভক্তশিংদি সকাম কর্ম্মীশিংগী অমসুং দেবতাশিংবু ঈড়াৎলিবা মীশিংগী মথক্তা লৈরবনি।

শ্লোক ১২

**মৎস্যো যুগান্তসময়ে মনুনোপলব্ধঃ ক্ষৌণীময়ো নিখিলজীবনিকায়কেতঃ।**
**বিস্রংসিতানুরুভয়ে সলিলে মুখাম্মে আদায় তত্র বিজহার হ বেদমার্গান্ ॥১২॥**

মৎস্যঃ—ঙা ওইবা অবতার; যুগ-অন্ত—যুগগী মমৈ; সময়ে—মতমদা; মনুনা—ওইরকদৌবা বৈবস্বত মনুনা; উপলব্ধঃ—উখিবা; ক্ষৌণীময়ঃ—পৃথিবীনচিংবা মঙোন্দা চঙজরিবা; নিখিল—পুম্বা; জীব—জীব; নিকায়-কেতঃ—আশ্রয় (চঙজফম); বিস্রংসিতান্—থোরক্লিবা; উরু—অচৌবা; ভয়ে—কিবনা; সলিলে—ঈশীংদা; মুখাৎ—চীন্দগী; মে—ঐগী; আদায়—পুরক্তুনা; তত্র—মফমদুদা; বিজহার—শান্নখি (বিহার তৌখি); হ—লেপ্পমক; বেদমার্গান্—বেদ পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুগ লোইবা মতমদা বৈবস্বত মনুনা উথিবা ঙাগী শক্তম ওইদুনা মহাক্না পৃথিবী অমসুং মখল মরিগী জীব পুম্নমকী চঙজফম (আশ্রয় শল) ওইখি। ঈশীং-ঈচাওদু কিবদগী বেদ পুম্নমক ঐগী (ব্রহ্মাগী) য়ানুংদগী বেদ পুম্নমক থোকখি; ভগবান্না ঈচাওদুদা বিহার তৌরগা বেদশিংবু কনখি।

নৈনবোল

ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুঙদা মনু তরামরিনি অদুগা মনু খুদিংগী লোইরকপদা পৃথিবী য়াওনা লোইনমক প্রলয় তৌযি অদুগা প্রলয়গী ঈচাওদু ব্রহ্মাফাওবদু কিহল্লী। লাক্কদবা বৈবস্বত মনুনা হৌরকপদা অসিগুম্বা প্রলয়সি মহাক্না উগনি। অদুগা থোদোক কয়াসু থোকনি, মদুগী মনুঙদা মমিংচৎলবা শঙ্খাসুর হাৎপগী থোদোকসু অমনি। ব্রহ্মাজিনা মহৌশা থঙখিবদগী থোরকদবা বাসি মাঙজোননা হায়বনি। অকিবগী মশক ওইবা প্রলয়দুদা মহাক্কী য়ানুংদগী বেদ ময়াম চোংথোরক্কনি হায়বসি মহাক (ব্রহ্মা) খঙলম্মী, অদুবু ভগবান্না দেবতাশিং, শাশিং, মীশিং অমসুং মহর্ষিশিংনচিংবা জীব পুম্নমকপুদা কনবা নত্তনা বেদশিংবুসু কল্লনি।

শ্লোক ১৩

**ক্ষীরোদধাবমরদানবযূথপানামুন্মথ্নতামমৃতলব্ধয় আদিদেবঃ।**
**পৃষ্ঠেন কচ্ছপবপুর্বিদধার গোত্রং নিদ্রাক্ষণোঽদ্রিপরিবর্তকষাণকণ্ডূঃ ॥১৩॥**

ক্ষীর—শঙ্গোম; উদধৌ—ঈপাক্লা; অমর—দেবতাশিং (লাইয়াম); দানব—হিংচাবশিং; যূথ পানাম্—মপৈ অনীগী লুচিংবশিংগী; উন্মথ্নতাম্—নৈবা মতমদা; অমৃত—অমৃত; লব্ধয়—ফংননবা; আদিদেবঃ—লাইকোক ভগবান্; পৃষ্ঠেন—মনঙন্দা; কচ্ছপ—থেঙ্গু; বপুঃ—হকচাঙ; বিদধার—লৌখি; গোত্রম্—মন্দর পর্ব্বত; নিদ্রাক্ষণঃ—খর উইরিঙৈদা; অদ্রি-পরিবর্ত—চীঙদু ওৎতুনা; কষাণ—খেৎপা; কণ্ডূঃ—ফুগ্রি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আদিদেব ভগবান্না সমুদ্রনৈবগী চৈ ওইবা মন্দর পর্ব্বতকী খিন্ফম্ ওইনবা হায়দুনা থেঙ্গুগী শক্তম লৌখি। লাইয়ামগা হিংচাবশিংগা তিন্নদুনা মন্দর পর্ব্বতনা মন্থনদণ্ড (নৈনচৈ) ওইদুনা অমৃত ফংননবা হায়দুনা ক্ষীরসমুদ্র নৈখি। চীংদুম অদুনা হক্লৎ-হন্দা লেঙবদা ভগবান্ কচ্ছপকী (থেঙ্গু শায়োন্‌গী) নমন্দু খোংলম্মী; ভগবান্না উইরুম উইরুম তৌদুনা নৈরগা নক্লনগী ফুগ্রি হোৎপগুম্না মুংঙাইরম্মী।

নৈনরোল

ঐখোয়না খণ্ডবা ভমপ্রবস্তু, ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মনুংদা শক্লোমগী সন্ধুত্র অমদি লৈ। আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংনসুলাও ঐখোয়গী কোকৃথক্তা লোক লীশীং লীশীং লৈ অদুগা লোক খুদিংমকী তোঙান তোঙানবা হৃরাপানি লৈ হায়না হায়রি। ঐখোয়না খণ্ড-উরিবগা মান্নদবা ৱা কয়া শ্রীমদ্ভাগবতম্না পীরি। অদুগা ভারতকী ঋষিশিংগী ৱা হায়রগদি বৈদিক সাহিত্যদগী জ্ঞান ফংঙী অদুগা ঐখোয়না শাস্ত্র (শাস্ত্রচক্ষুর্বৎ) য়েংগদবনি হায়বসি কয়িমতা চিংনদবমখৈ মহাজনশিংনা লৌয়ি। মরমসিনা ঐখোয়না মহাকাশদা তাউরিনা লোক ময়ামসি করম তৌনা লৈরি হায়বদু চাংয়েংদুনা উত্রিবমথৈ শ্রীমদ্ভাগবতম্দা হায়রিবা ক্ষীরোদ সমুদ্র লৈ হায়বসি ঐখোয়না য়াদফম থোক্কে। চাংয়েংদুনা উরুবা হায়বসি ওইথোক্কবা মরম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায়রিবসি অদুম লৌবা তাবনি, মরমদি শ্রীধরস্বামী, জীবগোস্বামী, বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনচিংবা মহাজনশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা হায়বিবা ৱাদু অদুম লৌয়ি। বেদগী নিয়ম হায়ববু মহাজনশিংনা চংলম্বা লম্বীদা চংপা হায়বসিনি; মদুদনা ঐখোয়গী ৱাখল্লা লাম্বা ফংদবা পোং খঙনবা নিয়ম্নি।

আদিদেব ভগবান্দি সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবনিনা মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌবা ঙম্মী, মরমদুনা মহাক্না থেঙ্গু অমা নত্রগা ভা অমা ওইনা করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমা পাঙথোক্লবগীদমক অবতার তৌবদা করিসু ঙক্নঙাই লৈতে। শ্রীমদ্ভাগবতম্গুম্বা শাস্ত্রশিংগী বচনশিং লৌবদা করিমতা চিংননঙাই লৈতে।

লাইগা হিংচাবগা তিন্নদুনা ক্ষীরোদ সমুদ্র নৈবা হায়বা থবক পনজাও অসিগী দমক মন্দর পর্ব্বত থম্নবা মকম য়াম্না চাওরবা মফম অমা চঙঙী। দেবতাশিংগী মতেঙ পাংনবা হায়দুনা চাওরবা থেঙ্গু অমা ওইনা আদিদেব ভগবান্না অবতার তৌরগা ক্ষীর সমুদ্রদা ইৱোযদুনা শান্নখি। মতমদুদা চীঙ অদুনা থেঙ্গুগী মনক্সন্দু খোংলম্মী, অদুগা মতমদুদা থেঙ্গু ভগবান্দু উইরম্মী অদুনা চীঙনা খোংপদা মাগী হাক্চবদু ফরম্মী।

শ্লোক ১৪

**ত্রৈপিষ্টপোরুভয়হা স নৃসিংহরূপং কৃত্বা ভ্রমদ্‌ভ্রুকুটিদংষ্ট্রকরালবক্ত্রম্।**
**দৈত্যেন্দ্রমাশু গদয়াভিপতন্তমারাদূরৌ নিপাত্য বিদদার নখৈঃ স্ফুরন্তম্॥১৪॥**

ত্রৈপিষ্টপ—দেবতাশিং; উরুভয়হা—য়াম্না কিববু মাঙহনবা; সঃ—মহাক (ভগবান); নৃসিংহরূপম—নৃসিংহগী শক; কৃত্বা—লৌদুনা; ভ্রমৎ—ভোরোং ভোরোংদুনা; ভ্রুকুটি—পিশুম, দংষ্ট্র—য়া; করাল—য়াম্না কিনিঙাই ওইবা, বক্ত্রম্—চীন; দৈত্য-ইন্দ্রম্—হিংচাবগী নিংথৌ, আশু—থুনমক; গদযা—গদানা; অভিপতন্তম্—চোংথরমদুনা; আরাৎ নাক্তা, উরৌ- যেগন্দা, নিপাত্য—থমদুনা; বিদদার—শেগায়রম্মী: নখৈঃ—খুজীন্না, স্ফুরন্তম্—শীঙনরকপদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইয়াম্না য়াম্না কিবমদু কোক্লবা হায়দুনা পরমেশ্বর ভগবান্না নৃসিংহদেব ওইনা অবতার তৌখি। হিংচাবশিংগী নিংথৌ (হিরণ্যকশিপু) অদুনা খুত্তা গদা অমা পায়দুনা শীঙনকৃবদগী ভগবান্না হিংচাবদুবু ফৈরুদা থম্লগা মখুজীন্না খোগায়দুনা হাংখি। হাংলমদায়দা ভগবান্না পিশুম শুকতোল্লম্মী অদুগা অকিবগী মশক ওইবা ময়া অমসুং মচীন উৎখি।

নৈনরোল

হিরণ্যকশিপু অমসুং মচানুপা প্রহ্লাদ মহারাজগী ৱারী শ্রীমদ্ভাগবতম্গী তরেৎশুবা স্কন্ধদা য়াওরি। হিরণ্যকশিপুসি য়াম্না তৌবা ঙমদুনা শক্তিচেনবা অমা ওইরম্মী অদুগা ব্রহ্মাজীগী কৃপাদগী মহাবু অমর ওইনি হায়না থল্লম্মী। ব্রহ্মানদি মঙোন্দা অমর ওইনবা বর পীয়ু হায়বা য়ারমদে, মরমদি

ব্রহ্মা মশামক অমর ওইবা জীব নত্তে। অদুবু হিরণ্যকশিপুদু অমর ওইবগা মাল্লবা বর মথল অমা য়াম্না কোইথোকপা মওংদা ফংখি। মহাক মীগী খুত্তদু শিরোই লাইগী খুত্তদু শিরোই অদুগা খ্বাইনা খওনরিবা খুৎলাইনস্থু মাবু হাৎপা য়ারোই অদুগা মহাক অমুক মুংথিন্দস্থু শিরোই নত্রগা অহিংদস্থু শিরোই হায়বসি মহাক তশেংনা খওলম্মী। অদুমকপু ভগবান্না হিরণ্যকশিপুগুম্বা থমথোংবা সংসারী অমগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবা মূর্ত্তিদা হায়বদি তঙ্খাইমা নোংশা ওই অদুগা তঙ্খাইমা মীওই তৌবা মূর্ত্তিদা অবতার তৌখি। অসুম্না ব্রহ্মাগী বর কায়দনবা মওংদা ভগবান্না মহাকপু হাৎখি কংফান্দা নংত্রগা ঈশীংদা নংত্রগা অতিয়াদা হাৎলী হায়বা থোক্তনবা ভগবান্না মতম্বাক্তা মহাকপু হাৎখি। হিংচাবদুবু নৃসিংহদেবগী খুজীন্না খোগায়দুনা হাৎখি, হিরণ্যকশিপুনা খনবদা থোকপা মীওইবগী খুৎলাই-লক্তা য়াওদবা খুৎলাইনি খুজিন হায়বসি। সংসারীনা ফংনীংবা মরক্তা মরোইরবা সনা অমসুং অমোনবা মোম্পাক-মোন্দুম হায়বদু হিরণ্যকশিপু হায়বা শব্দগী ময়েক্তা থোকপা অর্থনি। অসিগুম্বা ভগবান্‌গা সম্বন্ধ-লৈতবা অসুর-গুম্বা মীতাশিংনা মখোয়না তানশিনজবা মরল মথুমগীদমক নাপল কাজে অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্না পুম্নমক্কী মপুনি হায়বসি য়াদে, অদুনা ভগবান্‌গী ভক্তশিংবু ওৎ-নৈ। প্রহ্লাদ মহারাজসি হিরণ্যকশিপুগী মচানুপা ওইনা পোকশল্লম্মী, অঙাঙসিনা ভগবান্‌গী ভক্ত অচৌবা অমা ওইব-নিনা মাবু মপানা ঙম্মখৈ ওৎখি। ওৎপগী ফীভমসিনা য়োরবা মতাঙদা ভগবান্না নৃসিংহদেব ওইনা অবতার তৌখি অদুগা দেবতাশিংগী হেক্রুববু লোইশন্নবা হায়দুনা হিংচাবদুনা খনবদা থোক্তবা মৎং অমদা মাবু হাৎখি। ঈশ্বর থাজদবা অসুরশিংনা তৌবা সংসার ওইবা থৌরম কয়া ভগবান্না নীঙথায়হল্লী।

## শ্লোক ১৫

**অন্তঃ সরস্যুরুবলেন পদে গৃহীতো গ্রাহেণ যূথপতিরম্বুজহস্ত আর্ত্তঃ।**
**আহেদমাদি পুরুষাখিললোকনাথ তীর্থশ্রবঃ শ্রবণমঙ্গলনামধেয় ॥১৫॥**

অন্তঃ সরসি—তুরেন মনুঙদা; উরু-বলেন—পাঙ্গল চাউবনা; পদে—খোঙ; গৃহীতঃ—উমথ্রে; গ্রাহেণ - কুম্ভীরনা; যূথপতিঃ—শামু ময়ামগী লুচিংবা; অম্বুজহস্তঃ—খুত্তা থম্বাল পায়বা; আর্ত্তঃ—ৱারবা; আহ—হায়জরকখি; ইদম্—অসি; আদিপুরুষ—হে আদিদেব; আখিললোকনাথ—জগৎকী মবুংঙো; তীর্থ শ্রবঃ---তীর্থগুম্না শেংলবা; শ্রবণ-মঙ্গল—মমিং তাবদা মঙ্গল ওইবা; নামধেয়—মমিং শোন্‌বদা মতীক চারবা মহাক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শামু লুচিংবা অমা মখোঙদু পাঙ্গল কল্লবা কুম্ভীরনা উম্‌খিবদগী য়াম্না ৱাখি। মমাতোম্না থম্বাল অমা লৌরগা মানা ভগবান্দা খুকমদুনা হায়জখি—"হে আদি পুরুষ, হে জগৎকী মবুংঙো, তীর্থগুম্না শেংলবা, মী পুম্নমক নঙগী অশেঙবা নাম মনাকোঙনা তাজরগা পবিত্র ওইনরি।

### নৈনরোল

তুরেন্দা কুম্ভীর অমনা মখোঙ লাক্‌প্রবা শামু-লুচিংবা অমগী ৱারীদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী নিপালগুবা স্কন্ধদা বর্ণন তৌরি। ভগবান্দি অদ্বয়তত্ত্বনিনা (অনীগুদবা মথম্তমক ঙান্‌বা তত্ত্বদু মহাক্নিনা) মাগী ৱিংগা ভগবান্ মচামক্তা করিমতা থেন্নদে। শামু লুচিংবদু কুম্ভীরনা মাবু লাকথুবদুদা য়াম্না তুকথরম্মী। শামু লুচিংবদু কুম্ভীরনা মপাঙ্গল হেন্না কল্লবস্থু ঈশীংদদি কুম্ভীরগী মপাঙ্গম্না হেল্লম্মী। শামুদু নহানমক্কী মপোক্তা তৌখিবা পুণ্যকর্ম্মগী মপান্না ভগবান্‌গী নাম শোন্‌বা ঙমজরম্মী। জীব খুদিংমক প্রাকৃত জগৎ-সিদা মতম পুম্বদা অৱাবা ফংঙী মরমদি মকমসি করম্বা মফম্নো হায়ববু খোঙথাঙ খুদিংদা জীবনা অৱাবা

নংঙী। অদুবু কনাগুম্বদি নহানমুক্কী মপোক্কা তৌরকপা অকবা থবক্কী মপান্না ভগবান্দা ভক্তি তৌবা ঙম্মী হায়বসি ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৭।১৬)। ধর্ম্ম নত্তবা থবক তৌরকপা জীবশিংনা অরাবদা তাব্রবা ফাওবদা ভগবান্গী সেবা তৌনীংদে। মসিসু ভগবদ্গীতানা হায়রিবনি (৭।১৫)। ভগবান্ শ্রীহরিনা গরুড়দা তোংদুনা খুদক্কা শামু ভক্তগী মাঙদা শকউংখি অমসুং মাবু কন্বিখি।

শামুনা ভগবান্গা লৈনরিবা সম্বন্ধসু খঙলম্মী। মহাক্না ভগবান্বু 'আদি পুরুষ' হায়বদি 'অহানবা ভোক্তা' হায়না সম্বোধন তৌখি। ভগবান্গা জীবশিংগদি চিন্ময়নি মরমদুনা অনিমক ভোক্তা ঙাক্লি, অদুবু ভগবান্দি আদি ভোক্তানি মরমদি মানা পোৎ খুদিংমক্কী সৃষ্টিকর্তানি। ইমুং অমগী ভোক্তাশিংদি মপা অমসুং মচাশিংদুনি, অদুবু আদি ভোক্তাদি মপাদুনি অদুগা মচাশিংনা মথংদা ওইবা ভোক্তানি। শুদ্ধ ভক্তনা মুন্না খঙবদি জগৎতা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক ভগবান্গী সম্পত্তিনি অদুগা জীব খুদিংনা ভোগ তৌবদি ভগবান্না তম্বা মতুং ইন্ননি হায়বসিনি। জীবনা মাগীদমক তন্নক্কবা পোৎ অমতা শোকপা ফাওবা ঙমদে। আদি পুরুষ ভোক্তাগী ব্বাসি ঈশোপনিষদ তা য়াম্না ফজনা শুগাইনা তাক্লি। ভগবান্গা জীবগা খেন্নরিবসি খঙবা কনামতনা ভগবান্দা হান্না কৎত্রবদি করিমতা লৌদে।

শামুদুনা ভগবান্বু 'অখিললোকনাথ' হায়বদি জগৎ পুম্নমক্কী মপু হায়না কৌরম্মী, পুম্নমক্কী মপু ওই-ব্রনিনা শামুদুগীসু মপুনি। শামুদু ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইবনিনা কুন্তীরদগী থোইদোক-হেন্দোক্না কন্বীফম থোকপনি, ভগবানগী ভক্তদি কদৌঙৈদসু মাঙবা লৈতে হায়দুনা ভগবান্গী ব্বাশক লৈবনিনা শামুদুনা মাবু কন্বীউ হায়না ভগবানবু কৌজবদি মতীক-চাবা থবক্লি। থৌজানহৈবা ভগবানসু খুদক্কা পাউথুম পীরম্মী। ভগবান্দি মী খুদিংমকপু ঙাকপী-শেনবীবনি; অদুবু ভগবান্না হেন্না হায়বসি যাদদুনা নৎত্রগা ভগবান্গা মান্নে হায়না দাবী তৌদুনা শেরান্ননা নাপল তৌবগী মহুত্তা ভগবান্না পুম্নমক্তগী থোই-বনি হায়ববু য়ারিবা মীদুবু কন্বিবদি ভগবান্না ইহান হান্নী। মতম পুম্বদা ভগবান্দুনা অতৈ পুম্বদগী হেন-থোইরিবনি। শুদ্ধভক্তনা মাগা ভগবান্গা খেন্নরিবসি খঙঙী। মরমসিনা শুদ্ধভক্তদা ইহান-হানবা পুক্নীং চঙবী, মরমদি মহাক ভগবান্গী মথক্তা মপুঙ ফানা নির্ভর তৌয়ি। ভগবান্ লৈ হায়বা যাদবা অমসুং মশাবু ঈশ্বরনি হায়বা মীতাদি অসুর হায়না কৌনৈ। মরমসিনা ভগবান্গী য়াবিবগী ব্বথা পোনবা ঙমখৈ-নাইবা শক্তি অদুথক্তনা অসুরগুম্বা মীতাবু কন্নী। পুম্নমক্তগী ভগবান্না হেনবনিনা ঙম্বদসু খ্বায় পুম্বদগী মহাক্না হেন্নী। হেল্লিবা মহেন্সি কনামতগী ব্বাথন্না লাম্বা ঙমদে।

শামুদুনা ভগবান্বু তীর্থ-সর্ব্বঃ হায়বদি তীর্থগুম্না মিংচৎপা হায়নসু কৌরি। মীওইবনা মখোয় মশানা খঙজদবা মপাপশিংগী ফল কোক্লনবা হায়দুনা তীর্থধামদা চৎনৈ। অদুবু মখোংগী পাপকী ফল অদুদগী লাম্থোকপদি ভগবানগী পবিত্র নাম অদু নীঙশীংবতনা ওইবা য়াই। মরমদুনা ভগবান্দু তীর্থমক্লি হায়-রিবনি। কনাগুম্বনা তীর্থ তান্না চৎলগা মপাপ কোকয়ি, অদুবু কনাগুম্বনা মযুমদা নৎত্রগা মফম অম অমদা তীর্থ য়ৌরুবগী ফলংমক ভগবানগী পবিত্র নাম শোনবতনা ফংবা ঙম্মী। শুদ্ধ ভক্তদি তীর্থদা চৎলুবগী কান্নবা লৈতে। মথরাই য়াওনা ভগবান্গী নাম নীংশীংবতনা মাগী পাপ পুম্নমক কোকয়ি। শুদ্ধ ভগবদ্ভক্ত অমনা কদৌঙৈদসু পাপ তৌদে, অদুবু পাপকী বাতাবরণ (ইরাং) ঙাক্তা ঙায়বা জগৎ ওইবনা শুদ্ধ ভক্তনসু খঙদবদগী পাপকর্ম্ম তৌবা য়াই। পাপকর্ম্ম খঙনা খঙনা তৌবা মীতানা ভগবান্গী ভক্ত ওইবদি মতীক চাদে। অদুবু খঙদবদগী পাপ তৌরুবা শুদ্ধভক্ত কনাগুম্ববু ভগবান্না লেপ্পা কন্বী মরমদি শুদ্ধ ভক্তদি মতম লৈবা খিবিক্তা ভগবানবু নীংশীংঙী।

ভগবান্গী পবিত্র নামদি শ্রবণমঙ্গলসু হায়। মসিগী অর্থদি পবিত্রনামদু নাকোঙনা তারগা মঙ্গলগী মশক ওইবা পোৎ খুদিংমক ফংঙী হায়বনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মফম অমদা ভগবান্গী পবিত্র নাম-বু

'পুণ্যশ্রবণকীর্ত্তন' হায়না বর্ণন তৌয়ি। ভগবান্গী নাম শোন্বা অদুগা মহাক্কী মরমদা নাকোঙনা তাবতনা পুণ্য কর্ম্ম অমনি। ভগবান্না মর্ত্ত্যসিদা কুমথরকয়ি অদুগা মহাক্কী মরমদা শ্রবণ তৌনঙাই থৌদোক থোকহন্নবা মীচম অতৈদৌনা মখোয়গা লোয়ননা থবক তৌমিন্নৈ; অসি নত্তনদি মর্ত্ত্যলোকসিদা ভগবান্গী তৌনঙাই করিস্থ লৈতে অদুগা মহাক্কী তঙাইফদবা থবক অমতা লৈতে। মহাক্না লেঙথরকপদি মহাক্কী লন্নাই মরম অমা য়াওদবা সুগ্নগী থৌজানহৈবতনা মরম ওইবদগীনি। মহাক্না অবতার তৌরগা তৌনীংবতা তৌয়ি। মীয়াম পুম্বনা মহাক্কী লীলাশিং রা পাঠ তৌনবা অমদি শ্রবণ তৌবগী থৌরাংবা মশানা অদুম পোক্নবা হায়দুনা মহাক্কী লীলা মখল মখল ঙাক্না বেদ অমসুং পুরাণশিংসে থন্নীবনি। অদুমকপু হৌজিক্কালগী উপন্যাসনচিংবা লাইরীকশিংনা মীয়ামগী মমল-য়াম্নবা মতম য়াম্না লৌশনগ্রে। অসিগুম্বা সাহিত্য শিংনা কনাগীসু অফবা তৌবা ঙম্মোই। অফবা তৌবগী মহুত্তা মখোয়সিনা নহারোলগী মবক্লীং করিসু কান্নদবদা লাঙতক্লহল্লী অমসুং রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনীবু হেন্গৎহল্লী, মদুদগী মায়াগী বন্ধন হেন্গৎহল্লী। শ্রবণ অমসুং পঠন তৌনীংবদু ভগবল্লীলা ময়াম পাবদা অমসুং শ্রবণ তৌবদা শীজন্নবনা হেন্না ফৈ। মসিনা শ্রবণ-পঠন তৌবা মীদুনা মাযকৈ পুন্নমক্তা কান্নবা পীগনি।

মরমসিনা ভগবান্গী নাম অমসুং মাগী সম্পর্ক লৈনবা রাদি মতম পুম্বদা শ্রবণ তৌবা কান্নৈ। মরমসিনসু শ্লোক অসিদা মহাকপু 'নামধেয়' হায়বদি মিং-শোন্নযগ্নি হায়না মাবু কৌবিবনি।

শ্লোক ১৬

**শ্রুত্বা হরিস্তমরণার্থিনমপ্রমেয়শ্চক্রায়ুধঃ পতগরাজভুজাধিরূঢ়ঃ।**
**চক্রেণ নক্রবদনং বিনিপাট্য তস্মাদ্ধস্তে প্রগৃহ্য ভগবান্ কৃপযোজ্জহার ॥১৬॥**

শ্রুত্বা—নাকোঙদা তারদুনা; হরিঃ—ভগবান্; তম্—মহাকপু; অবণ-অর্থিনম্- মতেঙ-নিজরিববু, অপ্রমেযঃ—ঙমখৈ লৈতবা শক্তিগী মপু ওইবা ভগবান্; চক্র—কাংখোঙ, আয়ুধঃ—থৃৎলাই; (চক্রায়ুধঃ—চক্রনা থৃৎলাই ওইনা পাযবা); পতগ-বাজ -উচেক্কী নিংথৌ (গরুড); ভুজ-অধিরূঢঃ—মাশাদনা তোংদুনা; চক্রেণ -চক্রনা, নক্র-বদনম্—কুম্ভীরগী মচীন, বিনিপাট্য—ককথৎলগা, তস্মাৎ— কুম্ভীরগী মচীন্দগী; হস্তে - খুত্তা; প্রগৃহ্য- মনাতোন্দু পায়রগা; ভগবান্—ভগবান্না; কৃপয়া—চানবিদুনা; উজ্জহার--উদ্ধার তৌবিখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শামুনা কৌজরম্বদু নাকোঙদা তারদুনা শামুদুনা ভগবান্গী মতেঙ খুদক্তা পাম্মী হাযবা পরমেশ্বর ভগবান্না থঙবিখি, মবমদি মহাক অৱাবা অমদা তারম্রে। মরমদুনা খুদক্তা উচেক-নিংথৌ গরুড়গী মাশাদা তোংলদুনা চক্র পায়রগা মমাঙদা থোবকখি। শামুগী থৱাই কন্ননবা হায়দুনা ভগবান্না কুম্ভীরগী মচীন্দু চক্রনা ককথৎলম্মী অদুগা খুৎনা শামুগী মনাতোন পাযদুনা চিংথোক্লম্মী।

নৈনরোল

ভগবান্দি মহাক্কী বৈকুণ্ঠধামদা লৈ। মাগী ধাম অসি কয়া লাপ্পা লৈ হায়বা কনামতনা হায়বা ঙমদে। অদুবু ধামদু য়োননবা কনাগুম্বনা মুংশীংকী জহাজ নত্রগা পুক্লিঙগী জহাজ তোংদুনা যৌগে হায়না হোংনবা কনামতনা চহী কোটি হেন্না কোয়রবসু মফমদু কদায়দনো হায়না থিবা ঙম্মোই হায়নৈ। আধুনিক বিজ্ঞান পণ্ডিতশিংনা প্রাকৃত ওইবা মুংশীংকী জহাজ কয়া শারে, অদুগা যোগীশিংনা অমুক হেন্না কুপ্পা প্রাকৃত ওইবা মচাক্না শাবা পুক্লীংগী জহাজ তোংদুনা কোয়নবা হোংনৈ। যোগীশিংনা

পুক্লীংগী জহাজ তোংত্না অরাপ্পা মফম অমদা য়াম্না থুনা য়ৌবা ঙম্মী। অদুবু প্রাকৃত আকাশকী রাংমদা লৈবা বৈকুণ্ঠলোক মন্নুংদা লৈবা ভগবান্গী ধাম মুংশিংকী জহাজনসু অদুগা পুক্লীংগী জহাজনসু য়ৌবা ঙমদে। মতৌ অসিগুম্বা কীভম্নদা শামুগী প্রার্থনাদুবু ঙমথৈনাইদবমথৈ লাপথ্রবা লমদম্দা শ্রবণ তৌরমগনি হায়বসি করম্না ওইথোকখিবনো, অদুগা মতৌ করম্না ভগবান্না মফমদুদা থুংলরিবনো; মসি পুম্নমক মীওইবগী কল্পনা-না য়ৌবা ঙম্মোই। মসি পুম্না ওইবদি ভগবান্গী ঙমথৈ-নাইদবা শক্তিঙনা ওইথোকহন্বনি। মরমসিনা ভগবান্বু মফমসিদা 'অপ্রমেয়'-নি হায়রিবনি, মরমদি কনাগুম্বা মী অমগী থোপ্পা ভগবান্গী শক্তিশিংবু অঙ্ক হোংত্না পুথোকপা ঙম্মোই। ভগবান্দি অম্মুক লাপথ্রবা মফমদগী নাকোঙদা তাবা ঙম্মী, মথম অরাপ্পদুদা অচাপোৎ চাবা ঙম্মী অদুগা মীৎকুপ অমতংগী মন্নুঙদা মফম পুম্নমক্তা শক্-উৎপা ঙম্মী। অসুম তৌরিবনি ভগবান্গী সর্ব্বশক্তিমত্তা (শক্তি পুম্নমক্কী মপু ওইবগী মতৌদি)।

শ্লোক ১৭

**জ্যায়ান্ গুণৈরবরজোঽপ্যদিতেঃ সুতানাং লোকান্ বিচক্রম ইমান্ যদথাধিযজ্ঞঃ।**
**ক্ষ্মাং বামনেন জগৃহে ত্রিপদচ্ছলেন যাচ্ঞামৃতে পথি চরন্ প্রভুভির্ন চাল্যঃ॥১৭॥**

জ্যায়ান্—থোইরেন্-থোইবা; গুণৈঃ—গুণশিংনা; অবরজঃ—খ্বাইদগী ইকোন কোয়না পোকপা অতোম্বা; অপি—ওইববসু; অদিতে—অদিতিগী; সুতানাম্—(আদিত্য হায়না খঙনবা) মচানুপাশিংগী মরক্তা; লোকান্—লোক (মরোল) লোইনমক, বিচক্রম—লাম্থোকখি; ইমান্—ব্রহ্মাণ্ডসিদা; যৎ—কনাগুম্বা অমনা; অথ—মবমদুনা; অধিযজ্ঞঃ—পরমেশ্বর ভগবান; ক্ষ্মাং—পৃথ্বী; বামনেন—বামনদেবনা, জগৃহে—লৌখি, ত্রিপদ—খোঙপাক অহুম; ছলেন—ছল (লৌনম্বা) তৌদুনা, যাচ্ঞাম্—নিবা; ঋতে—নত্তনা; পথিচরন্—লম্বেল অচুম্বদা (ধর্ম্ম পথদা) চৎলিবা; প্রভুভিঃ—মপু ওইবশিংনা; ন—নত্তে; চাল্যঃ—যংহন্দবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃতগুণ পুম্নমক্কী রাংমদা লৈরবসু ভগবান্দি অদিতি মচাশিং আদিত্য হায়না খঙনবা মখোয়গী গুণ লৈজরম্বদুদগী ভগবান্না হেন্না চেল্লম্মী। ভগবান্না শকউৎলবসি অদিতিগী মচা ইতোম্-তোম্বা ওইনা উৎলি। ব্রহ্মাণ্ডসিগী লোক পুম্নমক লাম্থোক্লম্বা মরম্না মহাক পরমেশ্বর ভগবান্নি। খোঙযম অহুমগী লমতমক নিশম্নরগা মহাক্না বলি মহারাজগী লম পুম্নমক লৌথোকখি। মহাক্না নিরম্বগী মরমদি সৎপথ-দা চৎলিবা মীগী মপোৎপু নিদবমথৈ লৌথোকপা তৌহৈদে।

নৈনরোল

বলি মহারাজগী ৱারী অদুগা মহাক্না বামনদেবদা তৌখিবা দান গী ৱা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী নীপানশুবা স্কন্ধদা য়াঙরি। বলি মহারাজনা ব্রহ্মাণ্ডগী লোক পুম্নমক জয় তৌদুনা হক-ওইবা মরল ওইনা লৌশল্লম্মী। নিংথো অমনা অতৈ নিংথৌশিংগী লৈপাকপু মপাঙ্গল্না লৌশন্বা ঙম্মী; অসুম্না যংবা মপোৎতি হক-ওইবা মপোৎনি হায়না খল্লে। অদুনা বলি মহারাজনা ব্রহ্মাণ্ডগী লম পুম্বগী মপু ওইরম্মী, অদুগা মহাক ব্রাহ্মণশিংদা দান য়াম্না তৌনীলকখি। মরমদুনা ভগবান্না চাক্লীবা ব্রাহ্মণ অমা ওইশম্নরগা মাগী খোঙযম অহুমগী লম বলিদগী নিরম্মী। ভগবান্ লোইনমক্কী মপু ওইবনিনা বলি মহারাজগী লম পুম্নমক লৌশিন্বা ঙম্মী, অদুবু নিদবমথৈ লৌনবা তৌরমদে, মরমদি বলিগী লমশিংদু নিংথৌ অমগী স্বত্বাধিকার ওইনা যংবা লমঙাক ওইরম্মী। বামনদেবনা বলি মহারাজদগী পীকপ্রবা দান অসি নিরম্বা মতমদা বলিগী গুরু শুক্রাচার্য্যনা ৱাকমদু য়ারুদু হায়না পাওতাক্লম্মী, মরমদি বামনদেবদো

চাক্লীবা শাশন্নবা বিষ্ণুমক্তি হায়বা শুক্রাচার্য্যদি খঙলম্মী। বলি মহারাজনা ভিক্ষারিহুবু বিষ্ণুমক্তি হায়না খঙলবহুদা গুরুগী য়াথংহু ভাক্লীংলমদে। অহুনা খুদক্তা মহাক্না নিরম্বা লম অহু পীগে হায়না য়াখি। য়ানবসিগী মতুং ইল্লা বামনদেবনা ব্রহ্মাণ্ডগী লম পুম্নমক মখোঙ অনীনা থন্না কুপখি অহুদগী অহুম-শুবা মখোঙ থম্নবা লম পীরোহায়না বলি নিংথৌদা হায়খি। বলি মহারাজহু বামনদেবগী লেমহৌরিবা মখোঙহু মাগী কোক্থক্তা থমহল্লগা হরাওজরম্মী। মতৌ অসুম্না বলিনা মাগী লৈজবা লম পুম্নমক মাঙবগী মতুং ওইনা ভগবানবু মাগী মতম পুম্বগী লোয়নবা অমা অমসুং থোঙশঙবা ওইনা ফংবগী মুংঙাইজখি। মরমসিনা ভগবানগী মফমদা লৈজবা খুদিংমক কংলগা কংলিবা মীহুগী করিমতা মাঙদে, মানা কংহৌবহুনা কংলমত্রবদি ফংলম্লোইদৌবা পোৎ খুদিংমক মানা ফংঙী।

শ্লোক ১৮

**নার্থো বলেরয়মুরুক্রমপাদশৌচমাপঃ শিখাধৃতবতো বিবুধধিপত্যম্।**
**যো বৈ প্রতিশ্রুতমৃতে ন চিকির্ষদন্যদাত্মানমঙ্গ মনসা হরয়েঽভিমেনে॥১৮॥**

ন—কদৌঙৈদসু নত্তে; অর্থঃ—কান্নবা; বলে—পাজম্মা; অয়ম্—মসি; উরুক্রম্-পাদ-শৌচম্—ভগবানগী চরণ শেংদোকপগী খোংজুম; অপঃ—ঈশীং; শিখাধৃতবতো—মকোক্তা থম্লিবা মহাক্কী; বিবুধ আধিপত্যম্—দেবতাশিংগী নিংথৌ ওইবা; যঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; প্রতিশ্রুতম্—ৱাশক; ঋতে—নত্তনা, ন—নত্তে; চিকীর্ষৎ—হোৎনরম্মী; (ন চিকীর্ষৎ—হোৎনবমদে); অন্যৎ—অতোপ্পা অমা; আত্মানম্ মশামক্কী হকচাঙ ফাওবা; অঙ্গ—হে নারদ; মনসা—মপুক্লীংনা; হরয়ে—ভগবানদা; অভিমেনে—কংথোকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী চরণ শেংদোকপগী খোঙজুমবু কোক্তা হাপচরগা বলি মহারাজনা মাগী গুরুনা থিংনা থিংনমক মাগী ৱাশক অহু নওনা করিমত্তা পাম্নমদে। ভগবানগী অহুমশুবা খোঙফম অহুগী থমফম ওইনবা মহাক্কী দেহে অহু কথোক্লম্মী। অসিগুম্বা মীগী মফমদদি মপাজম্না ফংলবা স্বর্গরাজ ফাওবা করিসু নংলমদে।

নৈনরোল

বলি মহারাজহু মাগী প্রাকৃত সম্পতিগী মহুৎ ওইনা ভগবানগী দিব্য কৃপা ফংজরহুনা বৈকুণ্ঠলোকদা নিত্যসুখ ভোগ তৌনবা মফম অমা ফংজখি। মরমসিনা মপাজম্না ফংজখিবা স্বর্গরাজ থাদোক্লনসু মাগী অমাঙবা করিমতা লৈরমদে। অমরোমদা হায়রগা, ভগবাননা কনাগুম্বগী ৱানা তানজরুবা প্রাকৃত লন মুন্দুনা লৌথোকপীবা অহুগা ভগবানমক্কী নিত্য-সেবা, আনন্দ অমসুং জ্ঞান পীনবীবা মতমদা ভগবান্না মাগী লৌথোকখিবসিবু বলিগুম্বা শুদ্ধভক্ত অমদা থোইদোকপা কৃপা অমা তৌবিবনি হায়না খনগদবনি।

প্রাকৃত সম্পত্তিদি য়াম্না মিহৌনঙাই ওইরবসু মতম পুম্নমক্কী লেঙদবা লন নত্তে। মরমসিনা অসিগুম্বা সম্পত্তিবু লল্লাই থাদোক্লীংনা থাদোকপা অমা নংত্রগা দেহে থাদোকপা মতমদা সম্পত্তি-শিংহুবু থাদোক্কদবনি। বুদ্ধি তাবা মীনদি প্রাকৃত সম্পত্তি পুম্নমক তুংকোইদবনি হায়বসি খঙঙী, অহুগা অসিগুম্বা লনবু শীজন্নবদা খ্বাইদগী হেন্না ফজনা শীজন্নবদি ভগবানগী সেবাদা শীজন্নবা হায়বসিসু মানা খঙঙী, অহুম ত্তৌরবদি ভগবাননা মহাকপু পেনবিগনি অহুগা মাগী "পরম ধামদা" লেঙদবা মফম অমা পীবিগনি।

ভগবদ্গীতাদা (১৫।৫-৬) ভগবান্গী পরমধাম অদু মখাগীদুম্না বর্ণন তৌরি:—

**নির্মানমোহা জিতসঙ্গদোষা অধ্যাত্মনিত্যা বিনিবৃত্তকামাঃ।**
**দ্বন্দ্বৈর্বিমুক্তাঃ সুখদুঃখসংজ্ঞৈর্গচ্ছন্ত্যমূঢ়াঃ পদমব্যয়ং তৎ ॥**
**ন তদ্ভাসয়তে সূর্যো ন শশাঙ্কো ন পাবকঃ।**
**যদ্ গত্বা ন নিবর্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম॥**

প্রাকৃত জগৎসিদা য়ুম-কৈ, লম-তু, মচা মশু, সমাজ, মরূপ অমসুং লম্বুমগী মশক ওইনা মরন লোইবা কনাগুম্বা মীতানা মপোৎ মরনশিংদু মাগী ওইবদি মতম থরদগীনি। মায়ানা শেম্বা পোত্তাশিংসিগী মপু কনামতনা তুংকোইনা ওইবা য়াদে। মসিগুম্বা মায়িক লনগী মপুদি আত্মজ্ঞান ফংবগী মতাঙদা অমুক হেন্না বিভোলা চুই। মরমসিনা লম্বুম য়ামদবা মওংদা লোইবা নংত্রগা করিমতা লৈতবা অদুনা হেন্না ফৈ, অদু ওইরবদি মীদো ওইদবা অভিমান (নাপল) থাদোকপা ঙমগনি। প্রাকৃত গুণ অহুমগা শম্নবদগী প্রাকৃত জগত্তা ঐখোয় লোইনমক মোংলবনি। মরমসিনা কনাগুম্বনা তুংকোইদবা মরল কৎথোক্লুনা ভগবান্দা ভক্তি তৌদুনা আত্মাগী অকারমদা অসুম অসুম হেন্না চঙশল্লক্লগা মায়াগী সঙ্গদগী অসুম অসুম নাম্বোকপা ঙমগনি। পুন্সীগী অসিগুম্বা মতাঙসি ফংবা য়াননবা মী খুদিংনা আধ্যাত্মিক জীবন অমসুং মদুগী লেঙদবা মহৈ চাগনি হায়বসি চেংনা থাজগদবনি। আধ্যাত্মিক জীবন হায়বসি লেঙদবা পোৎ অমনি হায়বদু চপ চানা খঙগে হায়রবদি বিষয় সম্পত্তি হায়বদু রাৎনা লৈনবা নংত্রগা হিংবদা চঙবা অদুমখৈদা লৈবা ঙম্নবা ইচ্ছা ইহানা হোৎনগদবনি। লন্নাইনা অরাৎপা অনৌ অনৌবা পুথোক্নবা তৌযদে। মদুতনা চঙদবা য়াদবদু য়ারিবমখৈ য়ামত্রবদদা পেন্‌বা ঙম্নবা তৌবদা মতেঙ ওইগনি। লন্নাইগী থুংশেম ওইবা অরাৎপশিংদি ইন্দ্রিয়শিংগী ইরাং ভাক্তনি। আধুনিক সভ্যতাগী চাওখৎপনি হায়রিবসিগী য়ুম্ফমদি ইন্দ্রিয়শিংগী ইরাংশিংসিনি নংত্রগা রাহৈ অমরোমদা হায়রগনা হৌজিক্কী সভ্যতাসি ইন্দ্রিয়-পেন্নবগীনি। মপুঙ-ফাবা সভ্যতা হায়বদুদি আত্মাগীদমক ওইবা সভ্যতাদুনি। ইন্দ্রিয় পেন্নবগী সভ্য ওইবা মীতাশিংদি শাগী থাক্তা লৈবগা চপমান্নৈ মরমদি শাশিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী ইরাংদগী হেন্না কয়িমতা তৌবা ঙমদে। ইন্দ্রিয়শিংগী মথক্তা পুক্লীং (মন) লৈবনি। মন-গী কল্পনানা য়ুম্ফম-ওইবা সভ্যতাসু পুন্সিগী মপুঙ যাবা মতাঙ নত্তে, মরমদি মন-গী মথক্তা বুদ্ধি লৈ; অদুনা ভগবদ্গীতানা বুদ্ধিনা য়ুম্ফম-ওইবা সভ্যতাগী রা তাক্লি। বৈদিক সাহিত্যশিংনা মানব-সভ্যতাগী মখল মখলগী মায়কৈ তাক্লী, মদুদা য়াওরি ইন্দ্রিয়গী, মনগী, বুদ্ধিগী অমসুং আত্মাগী ওইবা সভ্যতাশিংগী রা। ভগবদ্গীতানা তাক্লিবসি মীওইবগী বুদ্ধিগী রানি অমসুং অদুগা লোয়ননা অসুম অসুম কাখৎলকপদুনা আত্মাগী রা য়োরকপা অদুফাওবনি। আত্মাগী মরমদা নৈনবা মপুঙ ফাবা মানব সভ্যতাগী রাদুনি শ্রীমদ্ভাগবতমসি। মী অমনা আত্মাগী সভ্যতাদা কাবা হেক ওস্থগা মহাক ভগবদ্গীতাগী শ্লোক অনীদা বর্ণন তৌরিবা ভগবানগী পরম ধাম অদুদা কাবগীদমক মতীক চারগনি।

অমখা প্রাকৃত জগত্তদি নুমীৎ,থা অমদি বিজুলি দরকার ওই, অদুবু ভগবান্গী পরমধামদুদি মখোয়সিগী দরকার লৈতে হায়বসি ঐখোয়না খঙঙী। অদুদগী খঙবা রাফম অমনা আত্মাগী ধর্ম্ম লৌবা ধাম অদুদা রৌবগী পাম্বৈনি, অমরোমদা হায়রগনা ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইরগা পুন্সি অয়োবী সিদ্ধি ফংগনি হায়বসিনি। অদু ওইরবদি ভগবান্গী প্রেম সেবা তৌই হায়বা পুরা খঙবগা লোয়ননা আত্মস্থ (আত্মাদা লৈবা) হায়বদু চাননা ওইবা য়াই। বলি মহারাজদো ভক্তি যোগগী লম্বীসি মাগী প্রাকৃত সম্পত্তি পুম্নমক কৎথোক্লগা চৎখি, অদুম্না ভগবদ্ধামদা কাবা য়াননবা মতীক চাখি। মাগী প্রাকৃত শক্তি শীজরদুনা ফংখিবা স্বর্গরাজ্যদু ভগবদ্ধামগা চাংদম্নবদা করিসু লৈতবনি হায়না খনখি।

ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক শেম্বা প্রাকৃত সভ্যতাগী মুংঙাইবদু ফংলবা মীতাশিংনা বলি মহারাজগী মতৌ তমদুনা ভগবদগীতানা তাকপা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্না অমুক শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌরম্লবা ভক্তিযোগ অদু চৎতুনা ভগবদ্ধাম ফংননবা হোৎনগদবনি।

শ্লোক ১৯

**তুভ্যং চ নারদ ভৃশং ভগবান্ বিবৃদ্ধভাবেন সাধুপরিতুষ্ট উবাচ যোগম্।**
**জ্ঞানং চ ভাগবতমাত্মসতত্ত্বদীপং যদ্বাসুদেবশরণা বিদুরঞ্জসৈব ॥১৯॥**

তুভ্যম্—নঙোন্দা; চ—সু; নারদ—হে নারদ; ভৃশম্—য়াম্না ফজনা; ভগবান্—ভগবান্না; বিবৃদ্ধ—হেন্গৎলম্বা; ভাবেন—মুংশিবনা; সাধু পরিতুষ্টঃ—নীঙথিনা পেলহল্লবা; উবাচ—হায়রম্মী; যোগম্—যোগ ভক্তি; জ্ঞানম্—জ্ঞান; চ—অমসুং; ভাগবতম্—ভগবান্বু অনুভূতি তৌবগী ওইবা; আত্ম—আত্ম; স-তত্ত্ব—বারোল শুনা; দীপম্—থাওমৈ মঙাল; যৎ—মদু; বাসুদেবশরণা—বাসুদেবদা চঙজরবা মীতাশিং; বিদুঃ—খঙখি; অঞ্জসা—ইলায় লায়না; এব—শুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, নঙোন্দা ভগবৎতত্ত্বগী অমসুং ভগবৎভক্তিগী মরমদা ভগবান্না হংসাবতার ওইনা অবতার লৌবা মতমদা তাকপীখি। নঙগী ভক্তিভাব হেন্গৎলকপা অদুদা ভগবান্না নহাকপু পেনবিখি। ভগবান্ বাসুদেবদা চঙজরবা মীতাতনা শেংনা খঙগদবা ভক্তিযোগ বারোল্দু নঙোন্দা লুরবা লোন্দাদা শুগাইনা মহাক্লা তাকখি।

নৈনরোল

ভক্ত অমসুং ভক্তি হায়বা বাহৈ অনিসি তৎনবা য়াত্রবা সম্বন্ধগী বাহৈনি। কনাগুম্বনা ভগবান্গী ভক্ত ওইনিঙব্রবদি ভক্তিযোগগী অকুপ্পা বারোল খঙবা ৱমদে। ভক্তিযোগগী বিচ্চা ভগবদগীতাসি অর্জুনগী মফমদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ব্যাখ্যা তৌনীংখি মরমদি অর্জুনদু মাগী মরূপ অমা ওইবতা নত্তনা ভক্ত অমসু ওইরম্মী। তৌরিবা মতাদি জীবশিংসি পরমাত্মা পরমেশ্বর ভগবানগী অংশ ওক্লিনা ভগবান্গী নীংতম্বগী শক্তক অদু মখোয়দসু য়াওরি। মরমসিনা ভক্তিযোগদা চঙবগীদমক চেন্গদবা অহান্বা গুণ-দি থবক তৌমিন্ননীংবা অমা ওইগদবনি; মদুনদি হায়্রনা ভক্তি-যোগদা চঙলম্রবা মীতাশিংগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবা তাবনি। অসিগুম্বা মীতাশিংগা তিন্ননা থবক তৌমিন্নরগা ভক্ত ওইনীংবা মীতাদুনা থবক্কী পোরম খঙলক্কনি অদুগা অসুম্না খঙজল্লকপগা লোয়ননা মীদুনা মায়িক সঙ্গদগী নাম্থোকপা থর থর ওইনা ওয়ক্কনি। অসুম্না মায়ানা মোৎহন্বদগী শেংদোক্রবা থৌদোসিনা মতম চারবদা মীদুদা মপুঙফানা থাজবা অমা পোকহল্লক্কনি; অদুদগী অসুম অসুম কাখৎলকপদুনা ভক্তিগী দিব্যাস্বাদ (মহাউ) ফংবগী থাক্তা যৌরক্কনি। অসুম্না মীদুনা ভক্তিযোগদা আসক্ত ওইরক্কনি, অদুদগী মাগী শ্রদ্ধা (থাজবা) অদুনা মাবু নুংঙাইবগী থাক অমদা পুগনি, থাক অদুদি প্রাকৃত-নঙবা (দিব্য) প্রেমগী মাঙ-হেক থংবা থাক্কি।

অসিগুম্বা ভক্তিযোগসি মখল অনী থোক্লা খায় মদুদি প্রেমভক্তিগী মতৌ করম তৌবগে হায়না হায়্রনা খঙদোকপা অমা অদুগা ভক্তিযোগদু চৎলগা খঙবা অমা। ভাগবতম্ হায়বসি ভগবান্ অমসুং মহাক্কী শক ফজবা, যশঃ, ঐশ্বর্য্য, সম্মান, আকর্ষনচিংবা মী অমবু ভগবান্গী মায়কৈ তম্না প্রেমগা লোয়ননা চিংশম্লবা সংগুণশিংগা মরী (সম্বন্ধ) লৈনবা লাইরীক্কি। জীবনা মাগী স্বভাব ওইনা ভগবান্দা প্রেমসেবা তৌবগী সম্বন্ধ অমা লৈ। সম্বন্ধসি মায়িক সঙ্গগী প্রভাব-না কুপ্পী। মসিগুম্না কুপ্পবু (আবরণসিবু) চাননা

কোকহল্লবা তৌবদা 'ভাগবতম্না' মতেঙ পাংঙী। মরমসিনা 'শ্রীমদ্ভামবম্না' দিব্যজ্ঞানগী থাওমৈ ওইনা থবক তৌয়ি হায়না মফমসিদা হায়ৰিবনি। প্রেম-সেবাদা লৈৰিবা জ্ঞানগী মথক্ত অনীসি বাসুদেবদা মশাবু কংথোকচবা মীতাদা স্ফূর্তি (ফোংবা) ওইয়ে। ভগবান বাসুদেবগী খুয়া-থম্বান্দা মপুঙ ফানা কথোকচরবা মহাত্মাদি য়াম্না য়াম্না তাঙডী হায়না শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা হায় (৭।১৯)।

শ্লোক ২০

**চক্রং চ দিক্ষ্ববিহতং দশসু স্বতেজো মন্বন্তরেষু মনুবংশধরো বিভর্ত্তি।**
**দুষ্টেষু রাজসু দমং ব্যদধাৎ স্বকীর্ত্তিং সত্যে ত্রিপৃষ্ঠ উশতীং প্রথয়ংশ্চরিত্রৈঃ ॥২০॥**

চক্রম্—ভগবান্গী সুদর্শন চক্র; চ—সু; দিক্ষু—মাইকৈ পুম্বদা; অবিহতম্—খিংবা ঙম্দবা; দশসু—তরা; স্বতেজঃ—মপাঙ্গল; মন্বন্তরেষু—মনুগী অবতার মথক্ত মথাদা; মনুবংশধরঃ—মনুগী মচামশুশিং; বিভর্ত্তি—পাল্লী; দুষ্টেষু—মীকম্ভশিংদা; রাজসু—নিংথৌশিংদা; দমন্—লাকথুবা; ব্যদধাৎ—তৌখি; স্ব-কীর্ত্তিম্—মহামকী মিংচৎ; সত্যে—সত্যলোকদা; ত্রিপৃষ্ঠে—মরোল অহুমগী (মহ, জন, তপলোক অহুমগী) মথক্তা; উশতীম্—ফজরবা; প্রথয়ন্—শন্দোকুনা; চরিত্রৈঃ—চরিতশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনুগী অবতার ওইনা ভগবান্না মনু-শাগৈগী বংশধর ওইখি অমসুং ফত্তবা নিংথৌশিংবু মহাক্কী মপাঙ্গল-কন্বা চক্রনা নমহৎতুনা মথোয়গী মথক্তা পাল্লম্মী। করিগুম্বদসু থিংঙমদবা ওইবা শাসন মাগীদু মাগী ফজরবা মিংচৎনা খুদম্লবা ওইদুনা মরোল অহুমদা শন্দোক্লম্মী, অদুগীসু মথক্তা শন্দোকপদু সত্যলোক য়ৌরম্মী।

নৈনরোল

মনুগী অবতারশিংগী ৱা ঐখোয়না প্রথম স্কন্ধদা নৈনখ্রে। ব্রহ্মাগী নোংমদা মনু তরামরি মথং মথং পাল্লী। মতৌ অদুনা ব্রহ্মাগী থা অমগী মনুঙদা মনু ৪২০ অদুগা ব্রহ্মাগী চহী অমগী মনুঙদা মনু ৫,০৪০ থক লৈ। ব্রহ্মা মাগী চহী থীবা মথীগী হিসাবতা চহী ১০০ পুন্সি। অদুনা ব্রহ্মা অমগী মতমদা মনু ৫০৪,০০০ থক্লি। ব্রহ্মাসু মশীঙ থীঙমদবমখৈ লৈ, মখোয় লোয়নমক মহাবিষ্ণুগী নুংশাসোর অমুক হোনবা মতমগী মনুঙদা লৈবনি। পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তি মপূমদুগী শরুক মরি খোকপগী অমতমক ওইবা প্রাকৃত জগৎসিদা ভগবান্গী অবতারশিংনা করম্না থবক তৌবগে হায়বদু ভাবতনা অদুম শাগদবা মঙায়।

মন্বন্তর অবতারশিংনা লোক (মরোল) পুম্নমক্কী ফত্তবা নিংথৌশিংবু ৱারাকপদি ভগবান্না মাগী চক্রগী মপাঙ্গন্না ফত্তবশিংবু ৱারাকপমক মপাঙ্গল শীজন্নরগনি। মন্বন্তর অবতারশিংনা ভগবান্গী দিব্য কীর্ত্তিবু (মিংচৎপু) শন্দোকয়ি।

শ্লোক ২১

**ধন্বন্তরিশ্চ ভগবান্ স্বয়মেব কীর্ত্তির্নাম্না নৃণাং পুরুরুজাং রুজ আশু হন্তি।**
**যজ্ঞে চ ভাগমমৃতায়ুরবাবরুন্ধ আয়ুষ্যবেদমনুশাস্ত্যবতীর্য্য লোকে ॥২১॥**

ধন্বন্তরিঃ—ধন্বন্তরি কৌবা ভগবান্গী অবতার; চ—সু; ভগবান্—ভগবান্; স্বয়ম্ এব—মহামক; কীর্ত্তিঃ—(মিংচৎ); নাম্না—মিংগৌবা; নৃণাম্ পুরু-রুজান্—অনায়েক-তৌবা জীবশিংগী; রুজঃ—অনায়েক; আশু—থুনমক; হন্তি—ফহল্লী; যজ্ঞে—যজ্ঞদা; চ—সু; ভাগম্—শরুক; অমৃত—অমৃত (শিদ-হীদাক্); আয়ু—পুন্সী; অব—দগী; অবরুন্ধে—ফংঙী; আয়ুষ্য—পুন্সীবা মতমগী; বেদম্—জ্ঞান; অনুশাস্তি—ৱারেপ্পী; অবতীর্য্য—অবতার তৌহনা; লোকে—পৃথিবীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্না ধন্বন্তরি ওইনা পৃথিবীদা কুম্লক্লগা মন্থামক্কী ধন্বন্তরি হায়বা মিং অদুগী মাপান্না অনায়েক-তৌবা জীবশিংগী অনাবা থুনা ফহন্‌খি। মমাঙৈঙদা দৈত্যশিংনা থিংলম্বা যজ্ঞগী শরুক (যজ্ঞভাগ) অদু মহাক্না ফংহনখি। মহাক্না পৃথিবীদা আয়ুগী (পুন্সীবগী) মরমদা বেদ (আয়ুর্ব্বেদ) পুথোকখি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহৌবমক্কদা হায়রিবদুনি শ্রীকৃষ্ণদি পোৎ থুদিংমক্কী থোরককম্‌গী থোরকম্নি। মরমদুনা নৈনরিবা শ্লোক অসিদগী থঙবা ওয়দি ভগবান্না ধন্বন্তরি ওইনা অবতার তৌদুনা আয়ুর্ব্বেদ (অনা-লায়য়েংবগী শাস্ত্র) পুথোকখি অমসুং বিদ্যা অদু বেদশিংগী মনুঙদা চেজন্‌খি। বেদদি জ্ঞান পুম্নমক্কী থোরক-ক্ষম্নি, মরমদুনা জীবশিংগী অনায়েক মরূ ফুক্না ফহন্নবগীদমক আয়ুর্ব্বেদ বেদলক্তা হাপচনবনি। হক-পান্‌বা জীবশিংদি মথোয়গী হকচাঙ শাগৎপগী মওং মতুং ইন্না অদুম অনাবা লোয়নবনি। হকচাঙদি রোগগী (অনায়েক্কী) থুদম্নি। রোগদুগী জাৎ তোঙান তোঙানবা য়াই অদুগা জীবগী শিবা চঙবা লৈবগুম্না রোগদি অদুম মরেরে। মরমদুনা ভগবান্‌গী কৃপানা হকচাঙ অমসুং পুক্নীংগী রোগ পুম্নমক ফবদা নত্তনা আত্মাবুসু পোকপা শিবদগী কনবী। ভগবান্‌বু 'ভবৌষধি' হায়বদি ভব (পোকপা শিবা-অনাবগী শরুক্ষ্ময়বা সংসার) অসিগী অনাবা (ভবরোগ) কোকহন্নবগী হীদাক হায়না কৌয়ি।

শ্লোক ২২

**ক্ষত্রং ক্ষয়ায় বিধিনোপভৃতং মহাত্মা ব্রহ্মধ্রুগুজ্ঝিতপথং নরকার্ত্তিলিপ্সু।**
**উদ্ধন্ত্যসাববনিকণ্টকমুগ্রবীর্য্যস্ত্রিঃ সপ্তকৃত্ব উরুধারপরশ্বধেন ॥২২॥**

ক্ষত্রম্—ক্ষত্রিয়শিংবু; ক্ষয়ায়—তুমহন্নবগীদমক; বিধিনা—লাইগী নোংদম্না; উপভৃতম্—হেক্কৎলকপা; মহাত্মা—ভগবান পরশুরাম; ব্রহ্মধ্রুক্—ব্রাহ্মণ ওৎপা; উজ্ঝিত পথম্—অদ্বয়তত্বগী লম্বী থাদোক্লবা; নরক-আর্ত্তি-লিপ্সু—নরক কোমদা অৱাবা ফংনীংবা; উদ্ধন্তি—যুক্তুনা হন্দোবয়ি; অসৌ—মথোয়দু; অবনিকণ্টকম্—জগৎতা য়ুবা তিংখং; উগ্রবীর্যাঃ—অকি ফঙনা থৌবা, ত্রিসপ্ত—কুন্মাথোই; কৃত্ব—তৌখি; উরুধার—য়াম্না থৌবাঃ পরশ্বধেন্—শীঙজঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষত্রিয়শিংনা হায়বদি পৃথিবীগী নিংথৌশিংনা বেদমার্গ চৎতদুনা লমঙেল্লবা অদুগা নরককোমদা অৱাবা নংজনীংবা মতমদা ভগবান্না পরশুরাম ঋষি ওইনা অবতার তৌরগা পৃথিবীগী য়েরু তিংখং ওইবা পাম্নদ্রবা নিংথৌশিংবু মরু ফংনা ফুকখি। মসুম্না ক্ষত্রিয় তুম্নবা তৌবসি মহাক্কী মচীন্‌ য়াম্না থৌরবা শীঙজঙনা কুন্মাথোইরক হন্না হাৎখিবনি।

নৈনরোল

ব্রহ্মাণ্ডগী মক্ষম থুদিংদা হায়বদি পৃথিবীসিদা নত্রগা লোক অতৈদা লৈরিবা ক্ষত্রিয়শিং হায়বদি শাসন পায়রিবা মীশিংদি তশেংনমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মত্বৎশিনবা ওক্নি। অদুগা মথোয়গী মথৌদি ভগবান্‌বু ফংননবা লম্বীদা প্রজাশিংবু পুশনবনি। রাষ্ট্র পুদিংনা অমসুং রাষ্ট্রদুগী শাসন পায়বা মীতানা শাসনতন্ত্রদুগী মওং অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হায়বদি রাজতন্ত্র নৎত্রগা প্রজাতন্ত্র, মী খরগী শাসন, একনায়ক্কী শাসন—অমা হেক্তা ওইরবসু নাগরিকশিংবু ভগবান্‌বু ফংনবগী লম্বীদা চিংশিন্নবা মরু ওইবা দায়িত্ব পুগদবনি। মসি মীওইবা থুদিংগী তৌদবা য়াদ্রবনি, অদুগা হায়রিবা পান্দমসিগী মায়কৈ পাংনা পুনবগী দায়িত্ব মপা ওইবা মীতানা, দীক্ষাগুরুনা অদুগা রাষ্ট্রনা দায়িত্ব

লৌবদি মথৌনি। প্রাকৃত জগৎ শেমখিবদি ময়ম অসিগীদমক্কি, করিনা মহুতদা পরমপিতা ভগবান্গী বিরুদ্ধদা বিদ্রোহী ওইহুনা লৈখা তারবা অহুগা লৈখা তারহুনা মায়াবদ্ধ ওইরবা জীবশিংদা ভগবান্বু উপলব্ধি তৌনবগী সুযোগ অমা পীবা ঙমগনি। প্রকৃতিগী শক্তিনা মতম চুপ্পগী ওইবা অরা-অনাগী নরক কোমগী লম্বীদা জীববু পুই। মায়াবদ্ধ ওইবা পুন্সিগীদমক চৎকদবা শাস্ত্রগী নিয়ম লল্লাইবা মীতাশিংবু 'ব্রহ্মোজ্ঝিতপথ' হায়বদি অদ্বয়তত্ত্ব খণ্ডনবা লম্বীগী বিরোধী হায়না কৌই। মখোয়সি দণ্ডি ফংযম থোকপনি। অসিগুম্বা লৈপাক্কী ফীভম ওইবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবান্গী অবতার পরশুরামনা থোরকখী অহুগা ফত্তবা নিংথৌশিংবু কুনমাথোইরক হল্লা হাৎতোকখি। মতমহুদা ভারতবর্ষ-দগী পৃথিবীগী অতৈ মফমশিংদা ক্ষত্রিয় নিংথৌ ময়াম্না চেনখিরম্মী। পরশুরামগী দণ্ডিদগী নাম্থোক্লবা ইজিপ্তগী নিংথৌশিংবু ভারতগী য়ুমহোংখিবনি হায়বসি মহাভারতকী ৱানি। নিংথৌশিং হায়বদি ক্ষত্রিয়শিংনা ভগবান্বু মীরাইরক্লবা অমসুং ভগবান্গী বিরুদ্ধদা শাসন তৌখৎলবা মতমদা মখোয়বু মতৌ অসুম্না দণ্ডি ফংহল্লি। মসি পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াথংনি।

শ্লোক ২৩

**অস্মৎপ্রসাদসুমুখঃ কলয়া কলেশ ইক্ষ্বাকুবংশ অবতীর্য্য গুরোর্নিদেশে।**
**তিষ্ঠন্ বনং সদয়িতানুজ আবিবেশ যস্মিন্ বিরুধ্য দশকন্ধর আর্ত্তিমার্চ্ছৎ ॥২৩॥**

অস্মৎ -ব্রহ্মাদগী হৌহুনা ককচেঙ মচা অমফাওগী মতুঙদা য়াংরিবা ঐখোয়দা, প্রসাদ -চানবীবা; সুমুখঃ—মায়োন্শনবা; কলয়া- কলাশিংগা লোয়ননা; কলেশ—কলা পুম্নমক্কী মবুংঙো; ইক্ষ্বাকু—সূর্য্যবংশগী ইক্ষ্বাকু মহারাজ; বংশে—শাগৈদা; অবতীর্য্য—অবতার তৌহুনা, গুরোঃ—অপোকপা মপাগী নত্রগা দীক্ষা গুরুগী, নির্দেশে যাথংনা; তিষ্ঠন্—লৈহুনাঃ বনম— উমঙদা, স-দয়িতা-অনুজ—তালোইগা মনাওনুপাগা লোয়ননা, আবিবেশ—চঙখি; যস্মিন্— মঙোন্দা; বিরুধ্য- বিরোধী ওইহুনা; দশকন্ধর—কোক তরা লোঙবা রাবণ, আর্ত্তিম্- অরাবা, আর্চ্ছৎ ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূর্ণব্রহ্ম ভগবান্না ব্রহ্মানচিংবা জীব পুম্নমক ঐখোয়বু চানবীবদগী ইক্ষ্বাকু বংশদা মাগী লক্ষ্মণচিংবা অংশ কলাশিংগা লোয়ননা অবতার তৌখি। মপাবুং মহারাজ দশরথগী য়াথংনা মহাক বনদা তালোই অমসুং মনাওনুপা লক্ষ্মণগা লোয়ননা চঙহুনা চহী কুইনা লৈখি। মকোক তরা লোঙবা রাবণ নিংথৌনা ভগবান্দা লংজকবদগী ভগবান্না মাবু হাৎখি।

নৈনরোল

প্রভু রামচন্দ্রদি পরমেশ্বর ভগবাননি অহুগা মনাওনুপাশিংনা হায়বদি ভরত, লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্নদি মাগী অংশ কলা ওাক্তনি। মচিনমনাও মরিমক বিষ্ণুতত্ত্ব ওাক্লি মীচম অমতা নংলমদে। হায়নি হায়রোই থঙদবা অপঙবা রামায়ণগী টিকাকার খরনা রামচন্দ্রগী মনাওশিংবু মীচম ওইনা উৎলি। ভগবত্তত্ত্বগী মরমদা থ্বাইদগী হেন্না মরা চৎপা য়াবা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা নৈনরিবা শ্লোক অসিদা শ্রীরামচন্দ্রগী মনাওশিংসি মহাক্কী অংশ ওাক্তনি হায়রি। স্বরূপ অশেঙবগী হায়রগদি শ্রীরামচন্দ্রনা বাসুদেবগী অবতারনি, লক্ষ্মণনা সংকর্ষণগী অবতারনি, ভরতনা প্রদ্যুম্নগী অবতারনি অহুগা শত্রুঘ্ননা অনিরুদ্ধগী অবতারনি; বাসুদেব সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধখোয় পুম্নমক পরমেশ্বরগী কায়ব্যূহ ওাক্লি। লক্ষ্মী সীতানা ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিনি, মহাক অচম্বা মুপীসু নত্তে অহুগা বহিঃশক্তি ওইবী দুর্গাগী শায়নসু নত্তে। দুর্গাদি ভগবান্গী বহিশক্তিনি, মাদি ভগবান্ শিবগা মঙ্গ তৌমি।

ধর্ম্মনা মরায় চায়থরকপা অধর্ম্মনা মরায় হাম্নগৎলকপা মতমদা ভগবান্না অবতার তৌয়ি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়খ্রে (৪।৭)। অসিগুম্বা ফীভমদা ভগবান রামচন্দ্র মাগী মনাওশিংগা লক্ষ্মীজী সীতা দেবীগা লোয়ননা অবতার তৌখিবনি; শ্রীরামচন্দ্রগী মনাওশিংচু কায়ব্যূহ ঙাক্লি।

প্রভু রামচন্দ্রবু মপাবুং মহারাজ দশরথনা য়াম্না নুংঙাইতবা ফীভমদা য়ুম থাদোক্তুনা বনবাস তৌহনখি। শ্রীরামচন্দ্রসু অযোধ্যাগী নিংথৌ হাপ্লে হায়রবা মতাঙ অতু ফাওবদা ফিদম্নঙাই মচা অমগুম্না মপাবুঙগী য়াথং ঙাকখি। মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণজিচু ময়াম্বুংগী তুং ইন্নিঙলম্মী, অতুম্না মহাক্কী নিত্য সহধর্ম্মিনী সিতাজিসু মবুংঙোগা লোইননীংলম্মী। মখোয়না হায়জবচু য়াবিরম্মী, অতুনা মখোয় অন্তম লোয়ননা দণ্ডকারণ্যদা চহী তরামরি লৈরুনবা য়ৌখি। মখোয়না বন দা লৈরিঙৈদা রামচন্দ্রগা রাবণগা থৎনবা অমা থোকখি। রাবণ নিংথৌনা ভগবান্ রামচন্দ্রগী সহধর্ম্মীনি সীতাবু হুরান্দুনা পুখি। কোম্মংদা থুকন পাঙ্গনবা বাবণবু বংশ পূম্বগা লোয়ননা মায়থীবা পীখি।

সীতাদি লক্ষ্মীজিনি হায়বদি লৈম্লেমনি, মহাক কনাগুম্বা মীওইবা অমতনা ভোগ তৌবা য়াবা নত্তে। মহাক্তি মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রগা লোয়ননা মীওইবশিংনা লাৎকদবা লাইনি। রাবণগুম্বা ঘোর সংসারীনা তত্বসি খঙলমদে, অতুনা রামগী মথুৎতগী সীতাবু মুন্দুনা লৌবা পাম্মী, মরমতুনা অবাবম্নী দশা ফংখি। মায়িক ওইবা লন পামতুনা চাওখৎনীংবা সংসারীশিংনা পরমেশ্বর ভগবানবু মপুনি হাযবা য়াদতুনা মপুগী প্রকৃতি মখোয়গী ওইথোকনি হায়বসি রাবণগী নীতিনি হায়বচু মখোয়না বাবণদগী খঙজনগদবনি। রাবণচু লম্থ্ম কয়ামুক লৈরম্নগে হায়ববু মাগী রাজ্যবু সনাগী লঙ্কা ওইহনখি। অদুবু মহাক্না প্রভু রামচন্দ্রবু ভগবান্নি হায়বা য়াদতুনা সীতাদেবীবু হুরান্দুনা মায়োক্লরুবনা রাবণ শ্রীরামগী খুত্তা থরাই থাখি অতুগা মাগী মরল মথ্ম অমস্তুং মপাঙ্গল পুম্নমক মাঙখি।

শ্রীবামচন্দ্র প্রভৃদি ভগ তরক্লা মপূঙ ফানা লৈতেংলবা পূর্ণ অবতারনি, মরমতুনা মহাকপু নৈনরিবা শ্লোক অসিদা ‘কলেশ’ হাযবদি কলা পুম্নমক্কী মবুংঙো হায়রিবনি।

শ্লোক ২৪

**যস্মা অদাদুদধিরূঢ়ভয়াঙ্গবেপো মার্গং সপদ্যরিপুরং হরবদ্ দিধক্ষোঃ।**
**দূরে সুহৃন্মথিতরোষসুশোণদৃষ্ট্যা তাতপ্যমানমকরোরগনক্রচক্রঃ ॥২৪॥**

যস্মৈ—মঙোন্দা; অদাৎ—পীখি; উদধিঃ—ভারত মহাসাগর; উঢ় ভয়—অকিবনা লাকহৎলবা; অঙ্গবেপঃ—হকচাঙ নীকপা; মার্গম্—লম্বী; সপদি—থুনা; অরিপুরম্—য়েক্লবগী নগর; হর-বৎ—হরগী (মহাদেবগী) মতৌগুম্না; দিধক্ষোঃ—উং ওলহন্নীংতুনা; দূরে—লাপ্না; সুহৃৎ—য়াম্না চাম্নবা মরূপ; মথিত—চৎনৈরিবা; রোষ—শাউবনা; সুশোণ—ঙাঙশং ঙাঙবা; দৃষ্ট্যা—মিৎয়েংনা; তাতপ্যমান—চারুবা; মকর—হাঙোর; উরগ—লিল; নক্র—কুম্ভীর; চক্র—কাংখোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিপুরবু মৈ থাগে নীংলকপদা মহাদেবনা তৌবগুম্না রামচন্দ্রনা য়েক্লবগী লম লঙ্কাবু চাকথেক্লগে নীংখি। লাপ্না হুরান্দুনা পুথ্রবা নুংশিথোইবী সীতাগীদমক খোয়রাংখিবনা শ্রীরামচন্দ্রগী মীৎ অনীচু শাউবদগী ক্রোধীমুক ঙাঙখি। মতুদা সমুদ্রগী পুক্নুঙদা লৈবা হাঙোর, লিল, কুম্ভীরনচিংবা জীবশিং মৈশানা চাক্লুনা থাঙবা বাখি। মরমতুনা সমুদ্রনা মাগী গণগা লোয়ননা মাঙবা তারে হায়না কিরতুনা থকুথক্ নীক্লা শ্রীরামচন্দ্রদা লম্বী পীখি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবানগীসু জীব অতেগুম্না অনুভূতি খূদিং লৈ, মরমদি মহাক্না আদি মূল জীব মকোক্নি। জীব পুম্নমক্কী থোরকফম পরম কারণ অদুনি। মহাক নিতানি নৎত্রগা নিত্য ওইবা পোৎ অতৈগী মনুঙদা মহাক্না নিত্য মকোক্নি অদুগা অতৈ ময়াম্না মহাক্কী মখা পোন্নবনি। নিত্য ওইবা ময়াম্বু নিত্য ওইবা অমখক্তনা য়োকৃথৎলিবনি, মতৌ অসুম্না নিত্য পুম্নমক গুণতঃ য়েংলগদ্দি অমতনি। অসুম্না অমতা ওইবা মরম্না নিত্য মখল অনীমক্কী স্বরূপতঃ অনুভূতি পরেং অমা লৈ, অদুগা থেন্নবা হায়রবু নিত্য মকোক্কীনা মখাথোংবা নিত্যশিংগী অনুভূতি মশীংদগী হেন্না লৈ। রামচন্দ্রনা শাউহনা ভাঙশং ভাঙবা মীৎ অনীদু উৎলকপা মতমদা মাগী তেজনা সমুদ্র পুম্বা শাবনা প্রোক প্রোক চাকখিবগে হায়রবু সমুদ্র মথক্তা নত্তনা মাগী গর্ভমনুঙদা লৈবা জলজন্তু লোইনমক য়াওনা চাকখি। অদুনা সমুদ্রনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্তুনা কিবদগী থক থক নীক্না রামচন্দ্রনা য়েক্লবগী পুরদা য়োনবা লম্বী পীখি। নির্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্না মীৎ ভাঙনা শাউবসিদা সর্ব্বনাশ উগনি, মরমদি মখোয়না পূর্ণতাগী (মপুঙফাবগী) মনুঙদা শূন্য ভাব অমা উজনিঙভী। ভগবান্দি অদ্বয় তত্বনিনা মভোল্দা মীওইবগা মান্নবা অনুভূতি লৈবা হৌনদে হায়না নির্ব্বিশেবাদীশিংনা খল্লী। খঙবা রাৎপদগী মখোয়না অদ্বয়তত্ব পুরুষোত্তমগী অনুভূতিশিংদি মীরয়েনগী গুণ অমসুং সংখ্যা (চাঙ) লৈনরিবসি নত্তবনি (দিব্যনি) হায়বা খঙদে। মতৌ করম্না ভগবান রামচন্দ্রগী অনুভূতিনা মায়িক ওইগনি, মতৌ করম্না মহাসাগরগী অমসুং মদুদা লৈবা জীব পুম্নমক্কী পুক্নীং লাঙতক্লহনবা ঙমগনি? মীরয়েনগী মীৎ ভাঙবনা মহাসাগরগী মুংদা মৈশা পোকহনবা ঙম্বরা? অদ্বয়তত্বনা সবিশেষ অমদি নির্ব্বিশেষ ওইবগী মতাঙদা খেন্নবা রাকমশিংসি মাচা খায়না খঙফম থোকই। শ্রীমদ্ভাগবতম্ হৌবদা হায়রিবদুনি অদ্বয়তত্বনা পোৎ খুদিংমক্কী থোরকফম্নি, মরমদুনা পরতত্ব ভগবান্গী অনিত্য সংসারদা মমি তারিবা অনুভূতিশিংদু লৈহন্দবা য়াবা নত্তে। অহোয়নদুম পরতত্বদা লৈবিবা অনুভূতি মখল মখাদো (শাউবদগী খঙদে চানবীবদগী খঙদে) মীরয়েনগী অনুভূতিশিংগা মতীক-ময়ায় য়েংলগদি চপ মান্নে, রাহৈ অমরোমদা হায়বগনা মীরয়েনগী ওইবা তোঙানবা অনুভূতি লৈতে, মরমদি অনুভূতিশিংদু পরতত্বগী ভক্তি। অসিগুম্বা অনুভূতিশিংদু অদ্বয়তত্ব ভগবানদা য়াওদবা নত্তে, নির্বিশেষবাদীশিংতনা দিব্যংোকনু প্রাকৃত ওইনা লৌদুনা খনবননি।

শ্লোক ২৫

**বক্ষঃস্থলস্পর্শরুগ্নমহেন্দ্রবাহদন্তৈর্বিড়ম্বিতককুজ্জুষ ঊঢ়হাসম্।**
**সদ্যোঽসুভিঃ সহ বিনেষ্যতি দারহর্তুর্বিস্ফূর্জিতৈর্ধনুষ উচ্চরতোঽধিসৈন্যে ॥২৫॥**

বক্ষঃস্থল—থবাক; স্পর্শ—শোকপা; রুগ্ন—তেক্লবা; মহেন্দ্র—সোরারেন; বাহ—শাদোঙ; দন্তৈঃ—মায়ানা; বিড়ম্বিত—ভালহল্লম্বা; ককুপ্-জুষঃ—মায়কৈ পুম্বা ঙানখিবা; ঊঢ় হাসম্—নোকমনবনা; সদ্যঃ—থুনমক; অসুভিঃ সহ—থরায় মঙাগা লোয়ননা; বিনেষ্যতি—মাঙ তাকখি; দারহর্তুঃ—মীগী মূপী হুরুবা মাগী; বিস্ফূর্জিতৈঃ—তেনগী হুইস হায়বা মখোল্না; ধনুষঃ—তেন; উচ্চরতঃ—থুনা চৎপা; অধিসৈন্যে—মায়কৈ অনীগী লান্মী মনক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লান্দা রাবণগী থবাক্তা থেংনবদা ইন্দ্রগী শাদোং ঐরাবত কৌবদু ময়া তেকখি; অদুম্না তেকপা ময়া মচেৎ মচেৎতু পায়থোকখিবদা য়াগী অঙৌবা মচুনা মায়কৈ পুম্নমক লংত্রিক লংনা ঙৌখি। মদুদা রাবণ নিংথৌনা মহাবু দিগ্বিজয়নি হায়না চাউথোকচখি অদুগা ফন-ফনদুনা তেঙ্গোল মরক্তা কোয়চৎ চৎখি। হরাউবদগী মহাক্না নোক্লম্বদু মাগী পঞ্চপ্রাণগা লোয়ননা অমসুং রামচন্দ্রগী তেন-কাপখোনগা অদুম খঙলেপ লেপখি।

নৈনরোল

কনাগুম্বা জীবনা মপাঙ্গল কনগেমখৈ কল্লবস্তু ভগবান্‌না য়াবিত্রবদা কনামতনা মাবু রক্ষা তৌবা ঙমদে। মদুগুম্না কনাগুম্বা অমা মপাঙ্গল শোনগে হায়বমখৈ শোম্লরবস্তু ভগবান্‌না রক্ষা তৌরবদি মাবু মাঙহনবা কনামতনা ঙমদে।

শ্লোক ২৬

**ভূমেঃ সুরেতরবরূথবিমর্দিতায়াঃ ক্লেশব্যয়ায় কলয়া সিতকৃষ্ণকেশঃ।**
**জাতঃ করিষ্যতি জনানুপলক্ষ্যমার্গঃ কর্ম্মাণি চাত্মমহিমোপনিবন্ধনানি ॥ ২৬ ॥**

ভূমেঃ—পৃথিবী পুম্বগী; সুর-ইতর—লাই-নত্তবা মীশিংগী; বরূথ—লাল্মীশিং; বিমর্দ্দিতায়াঃ—নৈবিরবা; ক্লেশ—অৱাবা; ব্যয়ায়—কোকহল্লবা; কলয়া—কলাশিংগা; সিত-কৃষ্ণ—মঙবদা নত্তনা মুবস্তু মুবা; কেশঃ—শম্নাং হৌবা; জাতঃ—পোকখি; করিষ্যতি—তৌগনি; জন—মীয়াম; অনুপলক্ষ্য—উফাত্তনবা; মার্গঃ—লম্বী; কর্ম্মাণি—থবক ময়াম; চ—সু; আত্ম-মহিমা—ভগবান্ মহাক্কী মতৌক ময়াই; উপনিবন্ধনানি—মরী লৈননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুরগী মশক-ওইবা নিংথৌশিংগী লাল্মীশিংনা পৃথিবী পুম্ববু ওৎলবা মতমদা অমরোমদা পৃথিবীগী অৱাবা কোকহল্লবগীদমক্তা বলরামগা লোয়ননা মাধর্য্য-ঐশ্বর্য্যনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎতা থোরক্কনি অদুগা মহাক্কী মাধুর্য্য-লীলানা মী পুম্নমক্কী পূক্নীং হূবনি। অদুয়দি ওইরগা মাগী অথূপ্পা রাগানুগভক্তিগী লম্বীদুদি সাধারণ ময়াম্না খঙবা ঙম্মোই।

নৈনরোল

শ্লোকসিনা ভগবান কৃষ্ণ অমসুং মহাক্কী হেক থংনবা বিলাস বলরামগা অনীনা অবতার তৌরকপগী রা হায়রি। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলরাম অনীমক পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বদুমক্কি। ভগবান্দি সর্ব্বজ্ঞনি(পূঙথঙ-খঙবনি), অদুগা মহাক্তা মশীঙ লাকৃতমদবা শক্লোন্দা অমসুং শক্তিদা থোরকয়ি। মপূমদুবুনা পরব্রহ্ম হায়না খঙনৈ। ভগবান্‌গী বিলাস অমসুং প্রকাশশিংসে তত্ত্ব অনীথোক্না খায়দোকয়ি মদুদি স্বজাতীয় অমসুং বিজাতীয় হায়না। স্বজাতীয় প্রকাশশিংদি বিষ্ণুতত্ত্ব হায়না খঙনৈ অদুগা বিজাতীয় প্রকাশশিংসিদি জীবতত্ত্ব হায়। অসূম্না প্রকাশ তৌবগী থবক্তা ভগবান্ বলরাম্না পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অহানবা স্বকীয় প্রকাশনি।

বিষ্ণু পুরাণ অমসুং মহাভারত অনীসিদা হায়রি মদুদি অহল ওইরবা ফাওবদা কৃষ্ণগী অমসুং বলদেবগী শম্নাঙশিংদুগী মচুদি অহুম মুহুনা লৈরম্মী। ভগবানবু ''অনুপলক্ষ্য-মার্গঃ' নৎত্রগা বেদগী পারিভাষিক ওইবা লোন্দাদা হায়রগনা 'অবাঙমনসাগোচরঃ' হায়বদি মাবু মীওইবগী অচম্বা ইন্দ্রিয়শিংনা উবা য়াদবা হায়না কৌয়ি। ভগবদ্গীতাদা (৭।২৫) ভগবান্না হায়রি 'নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমায়া সমাবৃতঃ' হায়ববদি ঐহাক যোগমায়ানা কুপ্পনা লোইনমক্কী মফমদা শক উৎতে। মহাক্কী অশেঙবা ভক্তশিংদনা থোইদোকপা লক্ষণগী মতেঙতনা মাবু খঙবা ঙম্মী। মাগী য়ামথ্রবা লক্ষণশিংগী মনুঙদা লক্ষণ অমদি শ্লোকসিদা পল্লী মদুদি ভগবান্দি 'সিত-কৃষ্ণ-কেশঃ'— নি হায়বদি ভগবান্‌গী শম্নাঙদি মতম পুম্বদা ফজনা মুই। ভগবান্ কৃষ্ণ অমসুং বলদেব অনীগী কোক্তা অসিগুম্বা শম্নাঙ হৌরম্বা মরম্না অহল ওইরবা ফাওবদা মথোয়নীদো চহী তরাতক্কী নহামচা ওইনা উরম্মী। মদুনি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী

থোইদোকপা লক্ষণ অমা। ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রিবদি মহাক জীব পুম্নমক্কী মমুঙদা লিরেন-লিবনি হায়রগা মহাক মতম পুম্নমক্তা নবকিশোর (চহী তরাতরক্কী বয়সদা লৈবা নহামচা) ওইনা উই। খুদম অসি দিব্যদেহগী হৌনবীনি। প্রাকৃত দেহগী লক্ষণদি পোকপা, শিবা, হমুররকপা অমসু অনায়েকময়াম অসিনি অতুগা দিব্যদেহগী হায়রিবা লক্ষণশিংসে অমতা য়াওদে। বৈকুণ্ঠলোকশিংদা লৈবা জীবশিংদি সচ্চিদানন্দগী পুন্সিনিনা মখোয় খুদিংগী দেহতু অতুম করিমতা হোংবা নাইদে, অতুনা অহল ওইরকপগী খুদম অমতা থোক্তে। শ্রীমদ্ভাগবতমদা (তরুকশুবা স্কন্ধ) যমদূতশিংগী মখুত্তগী অজামিলবু উদ্ধার তৌবগীদমক লাকখিবা বিষ্ণুদূতশিংতু উবদা নবকিশোর ওইনা উরম্মী হায়বা রাকমসিনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়বা রাকমসি প্রমাণ ওইরবনি। বৈকুণ্ঠলোকশিংদা ভগবান্গীসু অতৈ অতৈগীসু দিব্য-দেহশিংতু জগৎসিগী প্রাকৃত দেহশিংগা খেন্নৈ হায়বদি হৌজিক তশেংনা থঙলে। মরমসিনা ভগবান্না বৈকুণ্ঠলোক অতুদগী জগৎসিদা কুম্নকপা মতমদা মহাক্কী 'আত্মমায়াগী' দিব্যদেহ পুতুনা কুম্নকয়ি, মঙোন্দা 'বহিরঙ্গ-মায়া' হায়বদি প্রাকৃত শক্তিনা শোকপা ঙমদে। নিরাকার (শরাইদবা) ব্রহ্মনা প্রাকৃত দেহ লৌতুনা প্রাকৃত জগতা কুম্নকয়ি হায়বসি শূক৩ই ওইথোক্তবা রানি। মরমসিনা ভগবান্না জগৎসিদা কুম্নকপা মতমদা মাগী প্রাকৃত দেহ লৈতে, দিব্যদেহ লৈবনি। নিরাকার ব্রহ্মজ্যোতিদি ভগবান্গী দেহগী অরঙবা মঙান্নি, অতুনা ভগবান্গী দেহগা মাগী দেহগী শরাইদবা মঙান ব্রহ্মজ্যোতি হায়বতুগা গুণতঃ য়েংলগদি করিমতা খেন্নদে।

হৌজিক হংগদবা রাকমদি করিগীদমক সর্বশক্তিমান্ ওইবা (পুঙঙম-ঙম্বা) ভগবান্না লীচৎ-নাইদবা ক্ষত্রিয় নিংথৌ মচাশিংনা পৃথিবীদা নৈবগী অরাবতু কোকহনগে হায়বগীদমক কুম্নকপনো হায়বসিনি। তশেংবদি অসিগুম্বা থবক্কীদমক্তি ভগবান্ মহামক কুম্নক্তবসু য়াবনি, অতুবু মহাক্না কুম্নবপদি ভগবান্গী যশঃকীর্ত্তি শক-শোন্দুনা পুন্সী লেপ্পীংবা মাগী শুদ্ধভক্তশিংদা মাগী দিব্যলীলাশিংতু উৎননবগীদমক তশেংবনি 'মহাত্মাশিংনা' হায়বদি ভগবান্গী অথোয়বা ভক্তশিংনা ভগবান্গী লীলাগান তৌবদা মুংঙাইজে হায়না ভগবদ্গীতানসু হায়রি (৯।১৩-১৪)। বেদশাস্ত্র পুম্বা মীপুম খুদিংগী মপুক্কীংতু ভগবানগী অমসুং মহাক্কী লীলারোমদা থিংজনহন্নবগীদমক্তি। ভগবান্গা মর্ত্ত্যলোকগী মীশিংগা লৈনবা মতাঙগী ভগবল্লীলাশিংতু মাগী শুদ্ধভক্তশিংগী নৈনঙাই বিষয় অমনি।

শ্লোক ২৭

**তোকেন জীবহরণং যদুলূকিকায়াস্ত্রৈমাসিকস্য চ পদা শকটোঽপবৃত্তঃ।**
**যদ্ রিঙ্গতান্তরগতেন দিবিস্পৃশোর্বা উন্মূলনং ত্বিতরথার্জুনয়োর্ন ভাব্যম্ ॥ ২৭ ॥**

তোকেন—অঙাংনা; জীব-হরণম্—জীব হাৎপা; যৎ—মহাক, উলূকিকায়াঃ—হিংচাবা ঙমগী অচৌবা দেহ লৌতুনা; ত্রৈমাসিকস্য—থা অহুমদমক শুরিবা; চ—সু; পদা—খোঙনা; শকটঃ অপবৃত্তঃ—গাড়ীবু মথক মখা ওলহনখি; যৎ--মহাক, রিঙ্গতা—শন-শাতুনা চৎলিঙৈদা; অন্তরগতেন—মরক্তা চঙতুনা; দিবি—নোংথক্তা; স্পৃশোঃ—শোক্লিবা; বা—অতুগা; উন্মূলনম্—মরু ফুকপা; তু—তৌইগুম্বসুং; ইতরথা—(ঈশ্বর-নত্তবা) অতোপ্পনা; অর্জ্জুনয়োঃ—মায়য়োকক্তা পাম্বী অনীগী; ন ভাব্যম্—ওইথোক্তবনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ পীশক ওইনা রাংচাওরবী পূতনাবু হাৎপা, থা অহুম শুবদা ঙায়রিঙৈদা খোৎপ্রবা মখোঙনা কাওবদা শনগাড়ী মথক মখা ওনবা, শন-শাবা ঙম্বা মতমদা অতিয়া-থেৎপী মায়য়োকক্তা পাম্বী অনীগী মরক্তা চঙলগা পাম্বী অনীতুবু মক ফুক্তা তুহনবা, অসিগুম্বা থবকশিংতু ঈশ্বর কনামনা তৌবা ঙমগদগে?

নৈনরোল

কনাগুম্বনা ভাব-না শাগৎতুনা নত্রগা ময়ামগী মত মশীংনা ঈশ্বর অমা লল্লোনপোং শাবদৌনা পুখোকপা য়াদে; তৌবশীদি জ্ঞান-রাৎপা মীতাশিংনদি মসুম্না কনাগুম্ববু ঈশ্বরনি হায়জল্লী। ঈশ্বরদি নিত্য ওইনা ঈশ্বরনি অদুগা মীচম জীবদি ভগবানগী অংশ ওইনা মতম পুম্বদা লৈবনি। ঈশ্বরদি অনী শুদে অদুগা অচম্বা জীবশিংগী মশীংদি য়াম্মী। জীব ময়ামসি ভগবান্না য়োকপা ভাক্তি, রাফমসি বেদশাস্ত্রগী মতনি। কৃষ্ণনা মমাবেম্মাগী তম্পাক্তা অঙাঙ-নারা ওইনা লৈরিঙৈদা হিংচাবী পুতনানা মমাগী মমাঙদা লাক্লগা মতম্বাক্তা পমদুনা খোম-ইনগে হায়জখি। যশোদা মাতানা য়ারম্মী অদুগা ইকাই খুম্নংঙাই ওইবী নুপী অমগী শক্লোন্-পুবী পুতনাগী তম্পাক্তা অঙাঙদু লাম্থোকখি। পুতনানা মাগী খোমজিন্দা দু তৈশিল্লগা অঙাঙদু হাৎকে তৌরম্মী। অদুম্না শেম-শাবা লোইরবা মতমদা ভগবান্না পুতনাগী প্রাণবায়ুগা লোয়ননা খোম্নাংচিংদুনা থকখি; হিংচাবীগী চাওরবা মাইল তঙ্কক শাংবা দেহদু তুথখি। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মহাদু মাইল তরক্তগী হেন্না শাংদোক-চাউথোকপা ওম্বরসু পুতনাগী হকচাঙগী মশাং অদু য়েনা শাংদোক্লবগী কান্নবা লৈরমদে। মহাক্না বামন অবতার ওইরম্বা মতমদা থীক্লেম্বা ব্রাহ্মণমচাগী শক লৌখি, অদুবু বলি মহারাজগী রাশক মতুংইন্না বামনদেবনা মাগী চঙগদবা লম লৌবা মতমদদি মাগী খোঙপাক অদু বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মতোল য়েনা মাইল্লোমদা হায়রগা মাইল কোটি কোটীমুক শাংনা পাকথোক-শাংদোক্লম্মী। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী হকচাঙদুবু পাকথোক শাংদোকহন্দুনা অঙকপা থোদো অমা তৌবদি করিসু লৈতবনি, অদুবু মহাক্না অদু তৌনীংখিদে মরমদি মমাবেম্মা যশোদাবু য়েনা নুংশিরম্মী। যশোদানা মতম্বাক্তা পল্লম্বা অঙাঙ পিশক কৃষ্ণবু হিংচাবী পুতনাগা মান্নবা চাওনা উরমবদি যশোদাগী বাৎসল্য প্রেমগী হৌনশাদু কায়বা তাখি, মবমদি মদুম্না তৌববদা যশোদানা মচানুপানি হায়জরম্বা কৃষ্ণদো ঈশ্বরমক্তি হায়বা খঙগ্রগনি। কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়বা হেক খঙবগা মমা ওইবগী হৌনশাদা যশোদামায়ীনা কৃষ্ণবু নুংশিবদু মাঙখিগনি। অদুবু কৃষ্ণ মচানক্তী হায়বা তারগদি মহাক মতম পুম্নমক্তা, মমাগী তম্পাক্তা অঙাঙ ওইনা লৈববসু নংত্রগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্ববু শীম্নংনা কুপ্পা বামনদেব ওইরবসু, ঈশ্বর অদুম ওইবনি। কৃষ্ণদি, মী খরনা তপ কন্না তৌরগা লাই ওইরে খনবগুম্না, তপ তৌবগা লাই ওইনবা হোৎনব্রবসু য়াই। শাথীবা তপ তৌদুনা কনামতনা ঈশ্বগা অমতা ওইবা নংত্রগা মান্নবা ওইবা য়াদে, অদুম্নদি ওইরগা তপ কন্না তৌবা মীনা ঈশ্বরগী গুণ য়াম্না চেনবা যাই, অদুবু মানা ঈশ্বরদি ওইবা ঙমদে। অদুগা কৃষ্ণদি তপ মখল অমতা তৌরুবা লৈতনা অদুম মঙানা ঈশ্বব ওইবনি, মমাগী তম্পাক্তা লৈরিঙৈদসু অদুগা চাওখৎলক্রবসু হায়বদি চহী মতাঙ খুদিংমক্তা।

অদুনা থা অনুমখক্তা শুবা মতমদা মহাক শকটাসুরবু হাৎখি; শকটাসুরদু যশোদামাতাগী শংগাইদা গাড়ী অমগী মরুমদা লোৎতুনা লৈরম্বনি। শন শাবা হৈরক্লুনা মমানা থবক ইনখাঙ তৌবা কায়হল্লকপা মতমদা মমানা মাবু শুম্বন্দা পুল্লম্মী, অদুবু লমহেনবা অঙাঙদুনা শুম্বল চিংদুনা যশোদা মাতাগী শুমাঙদা হৌরম্বা 'অর্জুন' (মায়য়োকফা) পাম্বী অনীগী মনাক তান্না য়োখি, শুম্বনদুনা উ পাম্বী অনীদা পনখিবা মতমদা পাম্বী অনীদু খোল য়াম্না হৌনা তুখি। মচানুপা ভগবান্না মাগী শুমাঙদা শন শারগা চৎতুনা পাম্বীশিংদু তুহনবনি হায়বা খঙদবনিনা যশোদা মাতানা থোদোক অদু উরুবা মতমদা মচানুপাদুনা তুরল্লিবা উপাম্বীদুদগী হিংহৌবদু ভগবানগী কৃপাদগীনি হায়না যশোদানা খনখি। অসুম্না ভগবানগা ভক্তগা অনীগী মরক্তা প্রেমগী অওক ওকশীন তৌনরিবনি। যশোদামাতানা ভগবানবু মচা ওইনা ফংজনীংলম্মী অদুগা মতম্বাক্তা ভগবান্না অঙাঙমচাগুম্না শান্নরম্মী, অদুবু তৌদবা য়াদ্রবা মতমদদি ভগবানগী মথৌদু হেকমক তৌথোরকখি। অসিগুম্বা লীলাগী

ফজবদি করিনো হায়ববু ভগবান্না মাগী ভক্তশিং ইচ্ছা খুদিংমক থুংহল্লিবসিনি। মায়য়োকফা অর্জুন পাম্বী অনীতু তুহনবগী অর্থদি ভগবান্না নারদগী শাপ্তগী উ-পাম্বী ওনখিবা কুবেরগী মচাম্ব্পা অনীবু উদ্ধার তৌনীংবনে অতুগা যশোদাগী শুমাঙদা শন-শাতুনা চৎনবগীনে মরম অনীগীদমক্তি। শন-শাতুনা কোইচৎ চৎলগা ভগবান্না মচাম্ব্পা ওইতুনা ময়ুমমক্তদা শান্নখিবা লীলাশিংতু উজরগা যশোদানা নুংঙাইজরম্মী।

ভগবান্দি ফীভম খুদিংমক্তা ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি, অতুনা মহাক্কা চাওনা খঙদে পীক্কা থঙদে মানা পাম্বা মওং অমদা অস্নম্না তৌবসি হেক্তা ঙম্মী।

শ্লোক ২৮

**যদ্ বৈ ব্রজপশূন্ বিষতোয়পীতান্ পালাংস্ত্বজীবয়দনুগ্রহদৃষ্টিবৃষ্ট্যা।**
**তচ্ছুদ্ধয়েঽতিবিষবীর্য্যবিলোলজিহ্বমুচ্চাটয়িষ্যদুরগং বিহরন্ হ্রদিন্যাম্ ॥২৮॥**

যৎ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; ব্রজে—ব্রজদা; ব্রজপশূন্—ব্রজগী শা-শনশিং; বিষ-তোয়—হুইগী ঈশীং; পীতান্—থক্লম্বশিংবু; পালান্—শনজেনবশিংবু; তু—স্নু; অজীবয়ৎ—হিংগৎহনখি; অনুগ্রহ-দৃষ্টি—চানবীবগী মিৎয়েং; বৃষ্ট্যা—হৈথতুনা; তৎ—মতু; শুদ্ধয়ে—শেংদোক্নবগীদমক; অতি—কাহেন্না য়াম্বা; বিষবীর্য্য—মপাঙ্গল কনবা হু; বিলোল—লোৎলিবা; জিহ্বম্—মরৈ পানবা; উচ্চাটয়িষ্য—শাথিনা শান্তি পীখি; উরগম্—লিলতুদা; বিহরন্—শান্নতুনা; হ্রদিন্যাম্—তুবেন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগীতু অমুক শনজেন্নহাশিং অমসুং মখোয়গী শনশিংনা যমুনাদা হুগী ঈশীং থককখিবা মতমদা অমসুং ভগবান্না (অঙাঙ ওইরিঙৈদা) মাগী থৌজানগী মীৎয়েংনা মখোয়বু হিংগৎহল্লবা মতুংদা যমুনাগী ঈশীংবু শেংদোক্নবা হায়তুনা মহাক্না ঈশীংদা শান্নবা ওইনা চোংথখি অতুগা মতু চাউবা কালিয়নাগনা লোৎতুনা লৈরগা মরৈ হাহা তন্না হু কামথোক্লম্বতুদা লিলতুবু শান্তি পীখি। অসি শুম্বা থবক অসিবু ভগবান্ নত্তুনা কনানা ঙমগদৌরিবনো?

শ্লোক ২৯

**তৎ কর্ম্ম দিব্যমিব যন্নিশি নিঃশয়ানং দাবাগ্নিনা শুচিবনে পরিদহ্যমানে।**
**উন্নেষ্যতি ব্রজমতোঽবসিতান্তকালং নেত্রে বিধাপ্য সবলোঽনধিগম্যবীর্য্যঃ ॥২৯॥**

তৎ—মতু; কর্ম্ম-থবক, দিব্যম্—লাইগী ওইবা; ইব-শুম্না, যৎ—মতু, নিশি—অহিংদা; নিঃশয়ানং—তুম্লম্বা; দাব-অগ্নিনা—লম্মৈনা; শুচি-বনে—অকংবা উমংদা; পরিদহ্যমানে—চাকখৎলবদা; উন্নেষ্যতি—কনবিখি; ব্রজম্—কজবু হায়বদি ব্রজগী মীয়াম্বু; অতঃ—অতুদগী; অবসিত—শোয়দনমক; অন্তকালম্—পুন্সীলোইবা মতম, নেত্রে—মীৎ; বিধাপ্য—উইশিল্লগা; স বলঃ—বলদেবগা লোয়ননা; অনধিগম্য—লেপ-তমমদনা, বীর্য্যঃ—থৌনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কালিয়নাগবু দমন তৌবা সুমীৎকী অহিংদা ব্রজবাসী পুম্নমক্না তুমখুন হুন্ব্রবা মতমদা উনা-কংলবা উমংদা লম্মৈ চাকখি, মতুদা ব্রজবাসী পুম্বা মৈনা চাক্তুনা শিরমগদৌরবনি। অতুবু ভগবান্না বলদেবগা লোয়ননা মীৎ উইশনব্তনা মখোয় ময়াম্বু কনখি। অসুন্না ভগবান্না তৌবা থবকমখৈ প্রাকৃত (মীওইবনা তৌবগুম্বা) নত্তে।

নৈনরোল

নৈনবিবা শ্লোক অসিদা ভগবান্না তৌবা থবক্তি প্রাকৃত অমতা নত্তে হায়রবসু ভগবানগী থবক পুম্নমক মতম পুম্বদা প্রাবত-নত্তবা ঙাক্নি। মহুনা ভগবান্গা মীওইবগা খেন্নবহু তাক্লিন্নি। ঋাং চাওরবা খোংনাং নংত্রগা অর্জুন পাম্বী অমা ফুকপা অমসুং উমংগী লম্মৈবু মীং উইশনবতনা মুৎথৎপা হায়বসি মীওইবনা তৌবদা ওইথোকপা থবক নত্তে। হাযরিবা থবকশিং অসিদা নত্তে ঙক্লিবা মহাক্কী থবক খুদিংমক লোইনমক প্রাকৃত নত্তে হাযবসি ভগবদ্গীতানা হাযরিবনি (৪।৯)। ভগবানগী লৌকিক-নত্তবা থবকশিংবু খঙবা মীদি মাগী প্রাকৃত নত্তবা স্বভাবকী মপান্না কৃষ্ণলোকদা চঙবগী মতৌক চাবা ওইগনি, অস্নুম্না মতীক চারবনিনা হৌজিক লৈরিবা দেহসি থারগা কৃষ্ণগী অলৌকিক লীলাশিংবু খঙবা মীহুনা ভগবান্গী নাক মযুমহুদা হন্বা ঙম্মী

শ্লোক ৩০

**গৃহীত যদ্ যদুপবন্ধমমুষ্য মাতা শুল্বং সুতস্য ন তু তৎ তদমুষ্য মাতি।**
**যজ্জৃম্ভতোঽস্য বদনে ভুবনানি গোপী সংবীক্ষ্য শঙ্কিতমনাঃ প্রতিবোধিতাসীৎ ॥৩০॥**

গৃহীত—লৌখৎহুনা; যৎ যৎ—মহু মহু; উপবন্ধম্—পুন্নবা থৌরী, অমুষ্য—মহাক্কী, মাতা—মমা; শুল্বম্—থৌরী; সুতস্য—মচানুপাগী, ন—নত্তে, তু- অহুম্না ওইনমক, তৎ তৎ—মহু মহু, অমুষ্য—মাগী, মাতি—ওকযি, যৎ মহু; জৃম্ভতঃ—হা কাহনা, অস্য—মাগী; বদনে—যাম্নুংদা; ভুবনানি—লোক পুম্নমক; গোপী - গোযালিনীনা, সংবীক্ষ্য—উরহুনা; শঙ্কিতমনাঃ - চিংনরবা; প্রতিবোধিতা—অতোপ্পা মওংদা খঙহল্লবা, অসীৎ - ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীহুনা (কৃষ্ণ-যোকপী মমা যশোদানা) মচানুপাবু পুন্নবা থৌরী পুশল্লসুমখৈনা কৃষ্ণবু পুন্নবগী-দমক ওল্লমদে। মহুগী মরমদো করিনো হাযবা যশোদানা লেপ্পা ঙমদ্রবদা মসিবু মঙ লা নংত্রগা দেব মাযা ওইরববা হাযহুনা মহাক ঙক্লুনা লৈরম্মী। অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা য়া কাথোরকপদা মমা যশোদানা মংোল তবামরিমক উবদা মপুক্কীংদা চিংনখি, অহুবু মচাগী ঐশ্বর্য জ্ঞানগী মহুত্তা মচা নুংশিবগী মাধুর্য ওইনা লৌখি।

নৈনবোল

নোংমা ভগবান কৃষ্ণনা অঙাঙ লমহেনবা অমা ওইনা মমা যশোদাবু নৈনম্মী। অহুনা মচাবু শান্তি পীবা ওইনা মমানা মচাবু থৌরীনা পুনশনবা হৌখি। মতারা থৌবী যান্না শীজন্নরবক্কাওবদা থৌরীশিংহুনা পুনবা ওল্লমদে। মতৌ অস্নুম্না যশোদা চোকথরক্লে, মতমহুদা ভগবান্না মযা কাথোক্লম্মী। নুংশিহৈবী মমানা মচাগী য়ান্নুংদা ভুবন তরামবিমক পুল্লপ্পা উখি। মমাহু ঙকখি, অহুবু কৃষ্ণবু নুংশিবগী মৈনা যশোদানা খন্খি ভগবান নারায়ণ্না মচা কৃষ্ণবু খোক্লবা খুদোংথীবা অবাবা পুম্নমক্কগী চাকশেনবিরম্মী হায়না। খল্লম্লিবহু যোগমাযাগী থৌশীন্নি, ভগবানগী অন্তরঙ্গা শক্তি যোগমাযানা ভগবান্গী তোঙান তোঙানবা ভক্তশিংগা ভগবানগা লোযনবগী লীলা পুম্বদো মপুঙ ফাহল্লী। অসিগুম্বা অঙকপা থবক-শিংসিবু ঈশ্বর নত্তনা কনানা তৌবা ঙমগনি?

শ্লোক ৩১

**নন্দং চ মোক্ষ্যতি ভয়াদ্বরুণস্য পাশাদ্ গোপান্ বিলেষু পিহিতান্ ময়সূনুনা চ।**
**অহ্ন্যাপৃতং নিশি শয়ানমতিশ্রমেণ লোকং বিকুণ্ঠমুপনেষ্যতি গোকুলং স্ম ॥৩১॥**

নন্দম্—নন্দবু (কৃষ্ণগী মপাবুঙবু); চ—সু; মোক্ষ্যতি—কন্‌বিখি; ভয়াৎ—অকিবদগী; বরুণস্য—ঈশ্বীংগী লাই বরুণগী; পাশাৎ—পুন্‌বদগী; গোপান্—গোপশিংবু; বিলেষু—চীঙগী গুহাদা: পিহিতান্—থমখি; ময়সূনুনা—ময়গী মচানুপানা; চ—সু; অহ্নি আপৃতম্—অয়ুক-নুংথিন্দা থবক তৌবা; নিশি—অহিংদা; শয়ানম্—হিপ্লিবা; অতিশ্রমেণ—য়াম্না নোম্বদগী; লোকম্—লোকদা; বিকুণ্ঠম্—বৈকুণ্ঠদা; উপনেষ্যতি—পুরকখি; গোকুলম্—গোকুলদা; স্ম—লেপ্পমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ কৃষ্ণনা মপাবুঙ নন্দমহারাজবু বরুণদেববু কিবদগী কণবিখি অমসুং গোপশিংবু চীঙগী গুহানুংদগী উদ্ধার তৌবিখি। গুহাদুদা ময়গী মচানুপানা গোপশিংবু থনহনি। ব্রজবাসীশিংনা অয়ুক-নুংথিন্দা থবক শুবদগী চোকথবনা অহিংদা তুম্লিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু বৈকুণ্ঠ-আকাশগী মনুঙদা লৈবা রাংলেন-রাংবা লোক গোলোক অদুদা পুখৎপীখি। থবক পুম্নমাক্ প্রাকৃত নত্তে দিব্য ওাক্লি অদুগা থবকশিংসিনা মহাক ভগবান্নি হায়বদুগী প্রমাণ ওাক্লি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অয়োকপা মপাবুঙ নন্দ মহারাজ অহিংদা নোংঙাল্লে হায়না শেরান্নরা খন্দুনা যমুনা তুরেন্দা চাইথগে হায়না লেংখিরম্মী; বরুণদেবনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনবা হায়দুনা মপাবুঙ নন্দবু বরুণ-লোকদা পুখি; শ্রীকৃষ্ণ মথমদুদা মপাবুঙবু থাদোনহন্নবা লেংলকখি। তশেংবদি নন্দ মহারাজবু বরুণদেবনা ফা-পুল্লমদে মরমদি ব্রজবাসীশিংদি মতম পুম্বদা ভক্তিযোগগী সমাধি মখল অমদা লৈরগা কৃষ্ণতবু খল্লম্মী। সংসারগী অরা-অনাগীদমক অকিবা অমতা মখোয়গী লৈরমদে। দিব্য প্রেমদা মছা মছাবু মপুঙ ফানা কৎথোক্লুনা মতম পুম্বদা কৃষ্ণগদা সঙ্গ তৌবনা প্রকৃতিগী নিয়ম্না থোকহনবা অরা-অনা পুম্নমক কোকয়ি হায়বসি ভগবদ্‌গীতানসু হায়রি। ব্রজবাসীশিংনা অয়ুক-নুংথিলদা থবক কন্না শূত্নু চিল্লম্মী অদুগা থবক রানা শূবনা মরম ওইদুনা মুংদাঙদা ফজনা তুম্মী হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা পল্লী। অদুনা ধ্যান তৌনববা নৎত্রেগা লাই নীঙনবা ভজন-সাধন তৌনবগী মতম মখোয়গী লৈরমদে। অদুম্নদি ওইরগা ব্রজবাসীশিংসি আধ্যাত্মিক কর্মশিংগী খ্বাইদগী রাংবা অদুদা তৌদুনা লৈবনি। মখোয়গী থবক খুদিংমক দিব্য হায়বদি প্রাকৃত-নত্তবা ওাক্লি। থবক পুম্নমক্কী বেন্দ্রদি শ্রীকৃষ্ণনি, মরমদুনা প্রাকৃত জগতা তৌবা থবক্‌কু কৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈরবদি আধ্যাত্মিক শক্তিনা হারবনি। মতুনি ভক্তিযোগগী কান্নবা হায়বদো। মী খুদিংমক ভগবান্ কৃষ্ণগীদমক্কি হায়না মখোই পাঙথোক্কদৌবনি অদুগা থবক লোইনমক কৃষ্ণগী হারবা রাখলগা কোম্নগদবনি, কৃষ্ণবু খনবা হায়বদুনি আধ্যাত্মিক উপলব্ধিগী রাংলেন-রাংবা সমাধি হায়বদি।

শ্লোক ৩২

**গোপৈর্মখে প্রতিহতে ব্রজবিপ্লবায় দেবেঽভিবর্ষতি পশূন্ কৃপয়া রিরক্ষুঃ।**
**ধর্ত্তোচ্ছিলীন্ধ্রমিব সপ্তদিনানি সপ্তবর্ষো মহীধ্রমনঘৈককরে সলীলম্ ॥ ৩২ ॥**

গোপৈঃ—গোপশিংনা; মখে—ইন্দ্রবু পূজা তৌবা; প্রতিহতে—থিংবদা; ব্রজবিপ্লবায়—ব্রজভূমি মাঙ-তাকহল্লগে হায়বগীদমক; দেবে—ইন্দ্রদেবনা; অভিবর্ষতি—নোংজাও হৈথরকপদা; পশূন্—শাশিংবু; কৃপয়া—কৃপা তৌদুনা; রিরক্ষুঃ—(মখোয়বু) কনগে নীংখি; ধর্ত্ত—পায়থৎপা; উচ্ছিলীন্ধ্রম্—ছাতিন-গুম্না থাঙ্গৎপা; ইব—গুম্না; সপ্তদিনানি—নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা; সপ্তবর্ষঃ—চহী তরেৎমক শুবদা ওায়রিবা মানা; মহীধ্রম্—গোবর্দ্ধন চীঙ; অনঘ—চোকথদবমখৈ; এককরে—খুৎনামতনা; সলীলম্—ইলায় লায়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজ গোপশিংনা কৃষ্ণগী পাউতাক মতুং ইন্না ইন্দ্র পূজা তৌবা তোক্লবদা ব্রজভূমিবু নুমীৎ তরেৎনি চুপ্পা নোং চুহল্লগা থুমহল্লগে হায়না ইন্দ্রনা তৌরবদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবাসী অমম্মুং শনবী শনাওশিংবু মুংশিবদগী গোবর্দ্ধন চীঙবু খুৎনামতনা ছাতিনগুম্না ইলায় লায়না থাঙ্গৎতুনা থমখি। মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণদি চহী তরেৎতগী অঙাঙনি।

নৈনরোল

অঙাঙমচাশিংনা ময়াম্নদি হঙোইগী পে হায়রগা খঙনবা অতুগুম্বা ছাত্তিন্না শান্নপোৎ ওইনা শান্নে। ভগবান্ কৃষ্ণনা চহী তরেৎতগী অঙাঙ অমা ওইনা ওইনা বৃন্দাবন্দা লৈবা গোবর্দ্ধন পর্ব্বত কৌবা চীঙজাও অতু পাক লৌখৎলগা খুৎনামতনা নুমীৎ তরেৎনি চুপ্পা শা-শনশিংবু অমম্মুং ব্রজবাসী-শিংবু ইন্দ্রনা শাউবদগী কন্ননবা হায়তুনা পায়তুন। লৈখি; ইন্দ্রনা শাউরম্বগী মরমদি ব্রজবাসীশিংনা মাবু পূজা তৌবা তোক্লমলে।

পরমেশ্বর ভগবান্গী সেবা তৌরিবা মীনা দেবতাশিংদা যজ্ঞ কৎত্রবম্ম য়ারে হায়বসি তশেংবনি। দেবতাশিংবু পেলহন্নবগীদমক বেদ শাস্ত্রনা তাক্লিবা যজ্ঞশিংতু দেবতাশিংদগী হেন্না ৱাংবা অঙম্বা মপু অমা লৈ হায়বসি যজ্ঞকর্ত্তাশিংদা খঙহন্নবগীদমক্লি। দেবতাশিংবু প্রাকৃত কর্ম্মশিংগী অধিষ্ঠাত্রীদেবতা ওইনা পরমেশ্বর ভগবান্না হাপতুনা থম্বনি; ভগবদ্গীতাদা হায়বা মতুং ইন্না দেবতা অমবু পেন্নবা তৌবা যজন অতু বিধি য়াওদবা মওংদা পরমেশ্বর ভগবান্বু যজন তৌবনি। অতুগা পরমেশ্বর ভগবান্বু যজন তৌরবদি দেবতাশিংবু যজন তৌত্রবম্ম য়ারে অতুগা মখোয়দা যজ্ঞ কৎত্রবম্ম য়ারে। মরমতুনা ভগবান্ কৃষ্ণনা ব্রজবাসীশিংদা স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রদা যজ্ঞ কৎত্রবম্ম য়ারে হায়রম্লিবনি। ব্রজভূমিদা লৈবা ভগবান্ কৃষ্ণবু শক খঙদতুনা ব্রজবাসীশিংবু শাউরম্মী। অতুনা লমন খুমগে হায়না হোৎনখি। ভগবান্দি ঙম্বনিনা মাগী শক্তিতনা ব্রজবাসী অমম্মুং শন-শা পূম্ববু কনবিখি, অমম্মুং পরমেশ্বর ভগবান্গী ভক্ত অমা ওইনা লৈরবা মীনা কনাগুম্বা দেবতাবু করি হায়নি ব্রহ্মা শিব ফাওববু অমুক পেলহন্নবা তৌরুদ্রবম্ম য়ারে। মতৌ অম্মুন্না থোদোকসিনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণসে পরমেশ্বর ভগবাননি হায়বদা করিমতা চিংনবিঙাই লৈত্রে হায়বসিনি, অতুগা অসিমম্ম তাক্লি মতুদি শ্রীকৃষ্ণনা ভগবান্ ওইবসি কৌভম পূম্নমক্তা হায়বদি মমাগী তম্পাক্তা থাদকী অঙাঙ ওইরবম্ম, চহী তরেৎ শুরবা নুপামচা অমা ওইরবম্ম অতুগা চহী ১২৫ শুরবা অহল ওইরবম্ম মহাক অতুম ভগবান্নি। চহী মতাঙ অনীমক্তা মহাক মীওইবা মীচমগা খক মান্নদে, অতুনা হন্নরবা মতমদা ফাওবা মহাক চহী ১৬শুবা কিশোরগুম্না অতুম নহা ওইবগী শক্তা লৈ। অসি খিবিকসিনি ভগবান্গী দিব্য দেহগী লক্ষণশিংদি।

শ্লোক ৩৩

**ক্রীড়ন্বনে নিশি নিশাকররশ্মিগৌর্য্যাং রাসোন্মুখঃ কলপদায়তমূর্চ্ছিতেন।**
**উদ্দীপিতস্মররুজাং ব্রজভৃদ্বধূনাং হর্ত্তুর্হরিষ্যতি শিরো ধনদানুগস্য ॥ ৩৩॥**

ক্রীড়ন্—শান্নরিভৈদা; বনে—উমংদা (বৃন্দাবন-দা); নিশি—অহিংদা; নিশাকর—থাজনা; রশ্মিগৌর্য্যাম্—অঙৌবা থাবল; রাস-উন্মুখঃ—রাস-জগোই শান্ননীংলিবা; কলপদাযত—মুংশিবা ঈশৈগা লোয়ননা; মূর্চ্ছিতেন—মূচ্ছনাগা (মুংশিবা শৈদাগা) লোয়ননা; উদ্দীপি—কাইহৌরবা; স্মর-রুজম্—মুংশি লাইথুঙ; ব্রজভৃৎ—ব্রজবাসী; বধুনাম্—মৌশিংগী; হর্ত্তুঃ—হুরান্বা মীগী; হরিষ্যতি—লৌগনি; শিরঃ—কোক; ধনদ-অনুগস্য—লন্নৈবা কুবেরগী মনাইগী (শঙ্খচূড়গী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-দা ব্রজবাসীশিংগী মৌশিংগী থম্মোইদা নুংশিরবা অমসুং থুম্লবা শৈদানা কাম-পীডা পোক-ন্দুনা ভগবান্না রাস-জগোই শান্নরিঙৈদা কুবেরগী মনাই শঙ্খচূড়না ব্রজবধূ হূরানবগীদমক ভগবান্না শঙ্খচূড়কী মঙক ককৃথি।

নৈনরোল

ঐখোয়না য়েংশনগদবদি মফমসিদা হায়রিবা ৱাফমশিংসি ব্রহ্মাজিনা নারদমুনিদা হায়খিবা ওাক্তি হায়বসিনি। কৃষ্ণাবতারগী মতমদা থোক্লগদৌবা থৌদোকশিংগী ৱানি নাবদদা হায়রম্লিবসি। ভূত (হৌখ্রবা) ভবিষ্যৎ (তুং) অমসুং বর্ত্তমান (হৌজিক)—মতম অহুমগী ৱা খঙবা মীশিংদি ভগবল্লীলা পুম্বা খঙবা ঙম্মী; ব্রহ্মাজিসু অহ্ খঙবা অমনি, অহুনা তুংদা থোক্লগদবা থৌদোকশিংহু মাঙজোননা হায়রম্বনি। শঙ্খ-চূডবু ভগবান্না হাৎপহ্ রাসলীলাগী মতুঙদনি মতম অমতদা থোকপা নত্তে। মমাঙগী শ্লোক অমদা ভগবান্না লৈম্ন চাকপগী মতাঙদা শান্নখিবা লীলাহুসু কালিয়নাগ হাৎপগা পুল্লপ বর্ণন তৌরবসু থৌদোক অনীহুগী মতম অমতদা থোকপা নত্তে। মতৌ অহুগুম্না রাসলীলাগা শঙ্খচূড় হাৎপগা অনীহু পুল্লপ শ্লোক অমতদা বর্ণন তৌবনি। হায়রিবা থৌদোকশিংসে তুংদা থোক্লকদবনি হায়না ব্রহ্মাজিনা নাবদদা হান্নমা হায়বগী ৱানি অহুনা মথং মনাও নাইদবনি। শঙ্খচূড় দৈত্য হাৎপদি ফাল্গুন থাদা শ্রীকৃষ্ণনা হোরিকাদা লীলা শান্নখিবা মনুঙদনি। ময়াম্নদি হোলি হায়না খঙ বা হোরিকা লীলাগী থংনবা মমাঙগী মুমিত্তা হৌজিকসু ভারতবর্ষদা শঙ্খচূডগী চক-মূর্ত্তি শারগা মৈদা থাদোক্লুনা হাৎপা পর্ব্বদিনসি পালন তৌনরি।

সাধারণ ওইনা ভগবান্না তুংদা তৌবক্কদবা আবির্ভাব অমসুং লীলা পুম্নমক শাস্ত্রশিংদা হান্না বর্ণন তৌহুনা লৈ; মতৌ অসুম্না হান্না ইহুনা থনম্ল-নিনা হায়শন্নবা অবতারশিংনা শাস্ত্রগী বা খঙবা মীশিংদা চৌক তৌবা ঙম্মোই।

শ্লোক ৩৪-৩৫

**যে চ প্রলম্বখরদর্দুরকেশ্যরিষ্টমল্লেভকংসযবনাঃ কপিপৌণ্ড্রকাদ্যাঃ।**
**অন্যেচ শাল্বকুজবল্বলদন্তবক্রসপ্তোক্ষশম্বরবিদূরথরুক্মিমুখ্যাঃ॥ ৩৪॥**
**যে বা মৃধে সমিতিশালিন আত্তচাপাঃ কাম্বোজমৎস্যকুরুসৃঞ্জয়কৈকয়াদ্যাঃ।**
**যাস্যন্ত্যদর্শনমলং বলপার্থভীমব্যাজাহ্বয়েন হরিণা নিলয়ংতদীয়ম্॥ ৩৫॥**

যে—মখোয়, চ—সু; প্রলম্ব প্রলম্ব কিংচাবা; খর—ধেনুকাসুর; দর্দুর—বকাসুর; কেশী—কেশী হিংচাবা; অরিষ্ট—অরিষ্টাসুর; মল্ল—কংসগী মল অমা; ইভ কুবলাপীড; কংস—মথুরাগী নিংথৌ অহুগা কৃষ্ণগী মাতুল; যবনাঃ—পাবস্যদেশগী মীশিং অমসুং অতৈ যুম লোন্নবশিংগী মীশিং; কপি—দ্বিবিদ; পৌণ্ড্রক-আদ্যাঃ—পৌণ্ড্রকনচিংবা; অন্যে—অতৈ; চ—সু; শাল্ব—শাল্বনিংথৌ; কুজ—নরকাসুর; বল্বল—বল্বল নিংথৌ; দন্তবক্র—কৃষ্ণগী যেক্লবা শিশুপালগী মনাও. সপ্তোক্ষ—নিংথৌ সপ্তোক্ষ; শম্বর—শম্বর নিংথৌ;বিদূরথ—নিংথৌ বিদূরথ, রুক্মি-মুখ্যাঃ—কৃষ্ণগী মহিষী মকোক রুক্মিণীগী মবুঙ; যে—মখোয়; বা—নৎত্রগা; মৃধে—লান-ফমদা; সমিতিশালিন—পাক্কল-কন্নবা; আত্তচাপাঃ—লীরুং-তেন্-পায়বা; কাম্বোজ—কাম্বোজগী নিংথৌ; মৎস্য দ্বাবভাঙ্গাগী নিংথৌ; কুরু—ধৃতরাষ্ট্রগী মচানুপাশিং; সৃঞ্জয়—নিংথৌ সৃঞ্জয়; কৈকয়-আদ্যাঃ—কেকয়গী নিংথৌ অমসুং অতৈ অতৈ, যাস্যন্তি—ফংগনি; অদর্শনম্—ব্রহ্মজ্যোতিদা তিন্দুনা সাযুজ্য মুক্তি ফংবা: অলম্—করিম্নক হায়গনি; বল—কৃষ্ণগী ময়ামুঙ বলদেব; পার্থ—অর্জ্জুন; ভীম—অনীশুবা পাণ্ডব; ব্যাজ-আহ্বয়েন ওইদবা মিংশিংনা, হরিণা—ভগবান্ হরিনা; নিলয়ম্—য়ুম; তদীয়ম্—হরি মহাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রলম্ব, ধেনুক, বক, কেশী, অরিষ্ট, চাণূর, মুষ্টিক, শাম্ কুবলয়পীড়, কংস, যবন, নরকাসুর অমস্থুং পৌণ্ড্রকনচিংবা অসুরশিং, শাম্ব, য়োং দ্বিবিদ, বল্বল, দন্তবক্র, শল্লাবা তরেৎ, শম্বর, বিদূরথ অমস্থুং রুক্মিনচিংবা অকনবশিং, কাম্বোজ, মৎস্য, কুরু, সৃঞ্জয় অমস্থুং কেকয়নচিংবা লাম্খৌবশিংনা— মখোয় লোয়নমক লিংজেল অরৈবমথৈ ফুগায়দুনা ভগবান্ হরিগা নক্তগা মাগী মিংদা বলদেব, অর্জ্জুন, ভীম-নচিংবগা লাম্বেংনগনি, অদুদগী শিরগা নিরাকার ব্রহ্মজ্যোতিদা তিনগনি নত্রগা হরিমক্কী ধাম অদু ফংগনি।

নৈনরোল

প্রাকৃত অমস্থুং প্রাকৃত নত্তবা জগৎসিদা উৎপা ভগবানগী প্রকাশ (বিলাসনচিংবা) পুম্নমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী শক্তি মখল মখাগী শকউৎ ঙাক্তনি। ভগবান্ বলদেবদু শ্রীকৃষ্ণগী হেক থংনবা কায়ব্যূহনি হায়বদি সবিশেষ বিলাসনি; ভীম অর্জ্জুনখোয়না লল্লাই পার্ষদ ঙাক্তি। ভগবান্না অবতার তৌবদা মাগী পার্ষদশিংগা অমস্থুং শক্তিশিংগা লোয়ননা অবতার তৌই। মরমসিন্না মাগী বৈরী ওইবা অসুরশিং অদুগা অসুরগী পুকচেন চেনবা মীতাশিং হায়বদি প্রলম্বগুম্বশিংবু ভগবান্ মশামক্না নৎত্রগা মাগী পার্ষদনা হাত্তোকয়ি। অসিগুম্বা বিনয়শিংদু দশম স্কন্দদা মরোল শুগায়না বর্ণন তৌরি। মথক্তা হায়রিবা ভগবানগী খুত্তা নৎত্রগা মাগী পার্ষদশিংগী খুত্তা থরাই থারিবা ব্রহ্মজ্যোতিদা তিনবা সাযুজ্য মুক্তি হায়বদু ফংগনি নৎত্রগা ভগবানগী ধামশিং বৈকুণ্ঠ কৌবশিংদুদা চঙহনবীগনি। মসি ভীষ্মদেবনা হায়রন। তাকখ্রে (প্রথম স্কন্ধ)। কুরুক্ষেত্র লানফমদা য়াওরুবা নৎত্রগা ভগবানগা নৎত্রগা বলদেবগা অতোপ্পা মওং অমদা লোয়নরুবা মী পুম্নমক মাগী মাগী শিরমদাইদা থনখিবা রাখল মতুং ইন্না দিব্য ধামদা লৈবা ফংগনি। ভগবানবু য়াবা মীশিংনা বৈকুণ্ঠদা চঙগনি অদুগা ভগবানবু শক্তি চেনবা জীবনিদা হায়না লৌবা মীশিংনা ভগবানগী নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতিদা চঙদুনা মুক্তি ফংগনি। ভগবানগা য়েরুদুনা লৈবা মীতাশিংনফাওবা অসুম্না মুক্তি ফংলবনিনা ভগবানগী মী ওইদুনা মহাকপু সেবা তৌবা মীতাশিংগী ফীভমদি করি ওইগনি হায়বদু ঐখোয়না ইলায় লায়না খনবদা থোক্কনি।

শ্লোক ৩৬

**কালেন মীলিতধিয়ামবমৃশ্য নৃণাং স্তোকায়ুষাং স্বনিগমো বত দূরপারঃ।**
**আবির্হিতস্ত্বনুযুগং স হি সত্যবত্যাং বেদদ্রুমং বিটপশো বিভজিষ্যতি স্ম॥ ৩৬॥**

কালেন—মতমগী মতুং ইন্না; মীলিত-ধিয়াম্—বুদ্ধি রাৎপশিং; অবমৃশ্য—অৱাবশিং থল্লরগা; নৃণাম্—মীওইবা খিবিক্কী; স্তোক-আয়ুষাম্—পুন্সী-তেনবশিংগী; স্বনিগমঃ—মশামক্না লেংবা বেদশিং; বত—চপ চানা; দূরপারঃ—য়াম্না লুবা; আবির্হিতঃ—থোরকপা; তু—অদুবু; অনুযুগম্—যুগ খুদিংদা; সঃ—মহাক্না (ভগবান্না); হি—লেপ্পমক; সত্যবত্যাম্—সত্যবতীগী গর্ভদা; বেদদ্রুমম্—বেদ কৌবা উ-পাম্বীবু; বিটপশঃ—শাখা শাখা নাইনা খায়দোক্নুনা; বিভজিষ্যতি স্ম—খায়দোক্কনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ মশামক্না সত্যবতীগী মচানুপা (ব্যাসদেব) ওইনা অবতার তৌবা কালদা মানা লেংবা বেদশিংদু বুদ্ধি রাৎপা অমস্থুং পুন্সি তেনবা মীতাশিংগী মকমদা খঙবদা লুবা ওইরগনি হায়দুনা মহাক্না বেদবু যুগ যুগগী মতুং ইন্না শাখা কয়া থোক্না খায়দোক্লগনি।

নৈনরোল

কলিযুগগী পুন্সি তেনবা মীতাশিংগীদমক শ্রীমদ্ভাগবতম্ লেংলক্কদৌবগী রাছ শ্লোকসিদা ব্রহ্মানা হায়রি। অহান্‌বা স্কন্ধদা হায়খ্রে—কলিযুগগী বুদ্ধি-রাৎপা মীশিংদি পুন্সি তেন্‌বদা নত্তনা নাস্তিক ওইবা মীতাশিংগী নাতৈ চাদবা অবস্থা লাকদৌবা মরম্না পুন্সিগী সমস্যা ময়াম থোরক্কনা তৌকম-খঙদহ্নুনা মপূক্লীং ইচাই-চাইরগনি। হকচাঙগী আরাম ফংবগী মায়কৈদা চাওখৎপদি প্রকৃতিগী নিয়ম মতুং ইন্না তমঃগুণগী থবক হেন্সংপনি। তশেংবা জ্ঞান-চাওখৎপা হায়বহুদি আত্মা-উপলব্ধি (আত্মা-খঙবা) মায়কৈদা চাওখৎপা অহুনি। অহুবু কলিযুগ অসিদদি বুদ্ধি-রাৎপা মীতাশিংনা চহী চামা হায়বা তেল্লবা পুন্সিসিবু শেরাম্নবা অশাঙবা পুন্সীনি হায়না লৌয়ি (হৌজিক্তি চামসিস্থ শুনা হিংবা ঙমদহ্নুনা চহী ৪০ নৎত্রগা ৬০ রোমদমক হিংনরে)। মখোয়সিবু বুদ্ধি-রাৎপনি হায়রুবগী মরমদি মখোয়সে নিত্য-ওইবা পুন্সিগী রা খঙদে। মখোয়না মশাবু চহী নীফুরোমদা পুন্সিবা মখোয়গী দেহহুনি হায়না লৌই, মসিনি মখোয়গী পুন্সিগী মূল নীতিনি। অসিগুম্বা মীতাশিংবু গধাগা শন্নাবশিংগা পাংখক্তি হায়নৈ। অহুবু জীব পূম্নমক্কী নুংশিহৈবা মপানিনা ভগবান্না পাক-চাওখ্রবা বেদ-শাস্ত্রগী জ্ঞান অহু ভগবদ্গীতা-গুম্বা লাইরীক মচাদা ইহুনা থম্লীরম্মী, অহুগা স্নাতকশিংগীনা (graduates শিংগীনা) শ্রীমদ্ভাগবতকী থোঙদা জ্ঞান অহু পীবিরম্মী। সত্ত্ব-তমঃ-নচিংবা গুণ মখল মখল চেনবা মীতাশিংগী তোঙান তোঙানবা ওইনা য়েংলগা ব্যাস মুনিনা পুরাণশিং অমস্নুং মহাভারত থম্লীরম্মী। অহুম ওইনমক লাইরীক-শিংসে বেদশাস্ত্রগী রাদগী থৈদোকপা অমতা য়াওদে।

শ্লোক ৩৭

**দেবদ্বিষাং নিগমবর্ত্মনি নিষ্ঠিতানাং পূর্ভির্ময়েন বিহিতাভিরদৃশ্যতূর্ভিঃ।**
**লোকান্ ঘ্নতাং মতিবিমোহমতিপ্রলোভং বেষং বিধায় বহু ভাষ্যত ঔপধর্ম্যম্॥৩৭॥**

দেব-দ্বিষাম্—দৈত্যশিংগী (ভগবদ্ভক্তশিংবু য়েংথিবা মীশিংগী); নিগম্—বেদ; বর্ত্মনি—লম্বী দা; নিষ্ঠিতানাম্—চেৎনা লৈরবশিংগী; পূর্ভিঃ—রোকেট (rocket) ময়াম্না; ময়েন—ময়-না, বিহিতাভি—শাবা; অদৃশ্য-তূর্ভিঃ—অতিয়াদা উদবমখৈ; লোকান্—লোক (মরোল) ময়াম; ঘ্নতাম্—মীহাৎপশিংগী, মতি-বিমোহম্—পূক্লীং চোইহনবা; অতিপ্রলোভম—য়াম্না পায়ঙাই ওইবা; বেষম্—যিতোল, বিধায়—ওইহন্দুনা, বহু ভাষ্যতে য়াম্না ঙাঙশকয়ি; ঔপধর্ম্যাম্—পাষণ্ড ধর্ম্ম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দৈত্যশিংনা বেদশাস্ত্র তৈরবা মতুংদা ময়-দানব-না শাবা রোকেট্টা তোংহ্নুনা মীবুদি উহন্দবমখৈ অতিয়াদা পাইরগা লোক (মরোল) ময়ামদা লৈবা জীবশিংবু হাৎতোক্রুবা মতমদা ভগবান্না বুদ্ধ ওইনা ফজবা বেশ থোল্লগা দৈত্যশিংগী মপূক্লীংবু চোইহনগনি অহুগা উপধর্ম্ম প্রচার তৌগনি।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা পল্লিবা ভগবান্ বুদ্ধ অবতারসি মীওইবগী ইতিহাসতা থেংনরিবা বুদ্ধ অবতারহু নত্তে। শ্রীল জীব গোস্বামীগী মতুং ইন্না শ্লোকসিদা পল্লিবা বুদ্ধ-অবতারসিদি অতোপ্পা কলি যুগ অমদা তৌখিবা অবতারনি। মনু অমগী মপুন্সী মনুঙদা কলি যুগ ৭১ লৈ, অহুনা কলিযুগ ময়াম-সিগী কলিযুগ অমদা শ্লোকসিদা পল্লিবা বুদ্ধদেবসি অবতার তৌখিবনি। মীওইবনা য়োনা সাংসারিক ওইশল্লক্লবা অহুগা মবুকথোক্কী বুদ্ধিনা থোকপা ধর্ম্মনীতি প্রচার তৌরক্লবা মতমদা ভগবান্ বুদ্ধনা অবতার তৌয়ি। অহিংসা হায়বসি মশামক্তা ধর্ম্মনীতি অমা নত্তে, অহুগা ধর্ম্ম লৈবা মীশিংগী

মরুওইবা গুণ অমনি। মসিগী মীপূম খুদিংগী ওইবা কাওজ্ঞানগী ধর্ম্মনি, মরমদি কনাগুম্বা জীবগী মাঙ-তাক্কবা তৌহৈদে হায়না মীপূম খুদিংদা তাকয়ি, মরমদি মাঙননবগী মশক ওইবা থবকশিংছু তৌরুবা মীদুগী মশাদা তেকশন হনজল্লী। অহিংসাগী নীতিসি থওত্রিবৈগী মমাওদা নোল্লুকপা অমসুং নাপান তৌদবা হায়বা নীতি অনীসি খওজনগদবনি। কনাগুম্বনা নোল্লুকপা অমদি নাপন্দবা হৈত্রবদি মীগী মাঙদনবা অহিংসা নীতি চৎপা ওমদে। অহিংসা নীতি চৎলবা মীনা অতোপ্পগী দোষ ভাকপীবা ওমগনি অমসুং চম্না লেনবা তমগ-দবনি। ধর্ম্ম প্রচারকশিংদা অমসুং আধ্যাত্মিক নেতাশিংবু সম্মান তৌগদবনি, নিয়ম নাইবা থবক তৌনবগীদমক ইন্দ্রিয় খুদম চনগদবনি, য়ুম অমসুং পরিবারদা আসক্ত ওইদবা তমগদবনি অমসুং ভগবানগী সেবা তৌবা তমগদৌবনি। ইলোই-লোইবদা ঈশ্বর লৈ হায়বা য়াগদবনি অমসুং মাগী ভক্ত ওইগদবনি; অদু নত্রগদি ধর্ম্ম হায়বদু চৎত্রে। ধর্ম্ম হায়বসিগী কেন্দ্রদি ভগবান্না ওইগদবনি; অদু নত্রগদি নীতিদগী পাউতাক্তি ধর্ম্মগী নত্তে উপধর্ম্ম (ধর্ম্মগী মায়কৈ পাংবা) হায়বছুনি।

শ্লোক ৩৮

**যর্হ্যালয়েষ্বপি সতাং ন হরেঃ কথাঃ স্যুঃ পাষণ্ডিনো দ্বিজজনা বৃষলা নৃদেবাঃ।**
**স্বাহা স্বধা বষড়িতি স্ম গিরো ন যত্র শাস্তা ভবিষ্যতি কলের্ভগবান্ যুগান্তে ॥৩৮॥**

যর্হি—মতমদুদা; আলয়েষু—য়ুমদা; অপি - সু; সতাম্—সৎজনশিংগী; ন—নত্তে; হরেঃ—হরিগী; কথা—কথাকীর্ত্তন (রারী রাতাই); স্যুঃ—ওইগনি; পাষণ্ডিনঃ—লাই-থাজদবা মীতাশিং; দ্বিজজনা—ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য কৌবা বর্ণগী মীতাশিং; বৃষলাঃ—শূদ্রশিং; নৃদেবাঃ—নিংথৌশিং; স্বাহা—যজ্ঞ মন্ত্র; স্বধা - যজ্ঞগী পোৎচঙ; বষট্—যজ্ঞগী বেদী; ইতি—অসি পূম্বা; স্ম—ওইগনি; গিরঃ—রাহৈশিং; ন লৈতে; যত্র—মফমদুদা; শাস্তা—রায়েনথৌবা; ভবিষ্যতি - থোরক্কনি; কলেঃ—কলিযুগগী; ভগবান্ - ভগবান; যুগ-অন্তে—যুগ লোইবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী মতুংদা, কলিযুগ লোইরকপদা বর্ণাচার-ভাকপা মীশিংগী মযুমদফাওবা হরিগী কথা-কীর্ত্তন তৌদ্রবা মতমদা ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ অদুম্না পাষণ্ড ওইরবা অমসুং শূদ্রগা ম্লেচ্ছ ফাওবনা নিংথৌ ওইররবা মতমদুদা অদুগা স্বাহা, স্বধা, বষট-নচিংবা রাহৈশিং নাকোওদা তারক্রবা মতমদুদা ভগবান্না (কল্কিরূপ লৌরদুনা) কলিগী শাস্তা ওইরগনি।

নৈনরোল

কলিযুগ কৌবা যুগসিগী লোইরকপা মতাঙদা প্রাকৃত জগৎকী খ্বাইদগী ফত্তবা ফীভমগী থুদমশিংদু শ্লোকসিদা নৈনরি। অসিগুম্বা ফীভমগী শম্না পনবা য়াবা রা হায়ববু ঈশ্বরবু য়াদবা হায়বসিনি। ঋষিনি হায়বা মীতাশিং অদুগা সমাজগী বর্ণ অরাংবনি হায়বা 'দ্বিজজন' হায়রগা থঙনবা মীতাশিংনা নাস্তিক ওইরক্কনি। মতৌ অসুম তৌবনা মখোয় লোইনমক্না ভগবান্‌গী পবিত্র নামফাওবা কাউ-রগনি অদুনা মাগী লীলাগী রাদি করি অমুক হায়গনি? জাতি বর্ণগী ভাগা শেম্বা ব্রাহ্মণশিং, লৈপাক্কী শান্তি রক্ষা তৌনবা ক্ষত্রিয়শিং অমদি লম্বুম থোরুবা বৈশ্যশিং হায়বা অরাওবা থাক্কী বর্ণ অদুমসিনা ভগবান্‌গী মরমদা হায়বদি মাগী মিং, মগুণ, লীলা, পরিকরনচিংবা চপচানা খঙফম থোকই। ঋষিশিং অমসুং উচ্চবর্ণগী মীতানি হায়বসে মখোয়না খঙবা তত্ত্বজ্ঞানগী মতুং ইন্না লেপকদবনি, মখোয় মখোয়না পোক্রুবা ইমুংগী মতুং ইন্না লেপদবা নত্তে। পোকল্লুবা মফমগী ওইবা উপাধিদি ভগবান্‌গী তত্ত্ব খঙদ্রবদি অদুগা ভক্তি মার্গদা চৎত্রবদি অশিবা হকচাঙগী লৈত্তেংগুম্বনি। অসিগুম্বা

লৈতেংলবা হকচাঙগী মশীঙনা য়াম্না হেন্থংলবা মতমদা মীওইবদী সমাজনা চাওখৎপা অমদি শান্তি ফংবা ঙম্মোই। উচ্চবর্ণদা পোকপা মীতাশিংনা শিক্ষা অমসুং কৃষ্টি য়াৎপা মরম্না মখোয়বু দ্বিজ-জন ওই হায়বা য়াদ্রে। দ্বিজজন ওইবগী কান্নবা করিনো হায়বহু মহান সাহিত্যাশিংদা কয়া ব্যাখ্যা তৌখ্রে। অদুগা মমাগা মপাগা মৈথুন্ত তৌবদগী পোকপা মপোক্তি শারমচংকী মপোক্তি হায়না নীঙশিংনখ্রে। অসিগুম্বা শারমচংকী মপোক্তি অদুগা শাগুম্না চাবা, তুম্বা, কিগনবা অমদি মৈথুন্ত তৌবা (আধ্যাত্মিক জীবনগী নীতি অমতা চৎতবা) অদুবু শূদ্রগী পুন্সি কৌই, খরা শেংনা হায়বা তারগনা তোম্নবা থাক্কী কৃষ্টি য়াওদবা মীতাগী পুন্সিনি হায়বা তাই। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবসে অসিনি মতুদি সমাজ শাসনগী শক্তিদি কলি যুগসিদা শিক্ষা সংস্কৃতি লৈতবা শ্রমিক শ্রেণীগী মী-তাশিংগী মখুৎতা চংখিবা তারে। মতৌ অসুম্না 'নৃদেবশিংদি' (শাসনগী মন্ত্রীশিংদি) 'বৃষল' হায়বদি সমাজগী কৃষ্টি য়াওদবা অনেম্বা থাক্কী মীতা ঙাক্না ওইরনি। কৃষ্টি-য়াওদবা অনেম্বা থাক্কী মীতানা থল্লবা মীওইবগী সমাজদা শান্তি অমদি চাওখৎপা হায়বদো আশা তৌবা য়াদে। অসিগুম্বা কৃষ্টি লৈতবা সমাজগী শাগুম্বা মীতাশিংগী লক্ষণশিংদু উনরক্লে; অদুনা মীওইবশিংগী লুচিংবশিংনা মসি খঙজনবা অদুগা ভগবান্গী তত্ত্বজ্ঞান-লৈবা দ্বিজজনগী লমচংশিংদু পুশল্লতুনা সমাজ সংস্কার তৌনবা হোৎনবনা মখোয়গী তৌগদবা মথৌনি। মসি পাঙথোকপদি শ্রীমদ্ভাগবতমগী শিক্ষা-সংস্কৃতিদু জগৎ শীন্না শন্দোক্রদদা ওইগনি। মানব-সমাজনা লৈখা তারবা মতমদা ভগবাননা কল্কি অবতার ওইনা অবতার তৌই অদুগা অসুরবশিংবু দয়া মায়া লৈতনা হাৎতোকই।

শ্লোক ৩৯

**সর্গে তপোঽহমৃষয়ো নব যে প্রজেশাঃ স্থানেঽথ ধর্ম্মমখমন্বমরাবনীশাঃ।**
**অন্তে ত্বধর্ম্মহরমন্যুবশাসুরাদ্যা মায়াবিভূতয় ইমাঃ পুরুশক্তিভাজঃ ॥ ৩৯ ॥**

সর্গে—সৃষ্টি হৌবদা; তপঃ—তপ; অহম—ঐ; ঋষয়ঃ—ঋষিশিং; নব মাপল, যে প্রজেশাঃ—প্রজাপতি ওইগদবশিং, স্থানে—সৃষ্টিগী মনুঙদা; অথ—লেপ্পমক; ধর্ম্ম ধর্ম্ম, মখ—ভগবান বিষ্ণু; মনু—মীওইবগী অপোকপা; অমর—স্বর্গগী লাইয়াম (দেবতাশিং), অবনীশাঃ নিংথৌশিং; অন্তে অরোইবদা; তু—অদুবু; অধর্ম্ম—অধর্ম্ম, হর—শিব মহাদেব; মন্যুবশ—শাউগনবা, অসুর আত্মা ভক্তশিংগী য়েক্নবা অসুরবশিং; মায়া—শক্তি; বিভূতয়ঃ—মতুৎশিনবশিং; ইমাঃ মখোয় পূম্বা, পুরু-শক্তি ভাজঃ—শক্তি মযাম পাযবা ভগবানগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টি হৌবা মতমদা লৈরম্বদি তপনে, ঐহাক্নে (ব্রহ্মা), প্রজাপতি কৌবা ঋষি মাপন্নে অসিনি। স্থিতিকালদা (সৃষ্টি লোইদুনা প্রলয় লাক্লিংদৈগী মনুঙদা) ধর্ম্ম, যজ্ঞ (বিষ্ণু), মনুশিং, দেবতাশিং, নিংথৌশিং লৈ, অদুগা প্রলয়গী মতমদনা রুদ্রনে অমসুং শাওগনবা অসুরশিংনে লৈগনি; মখোয় পূম্মকসে পরমেশ্বর ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা বিভূতি মখল মখানি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎসি ভগবান্গী শক্তিনা সৃষ্টি তৌবনি, সৃষ্টিগী অহৌবা মতাঙদা ব্রহ্মাজিগী তপ-না জগৎ উৎখিবনি; ব্রহ্মাজিসি সৃষ্টিগী অহানবা জীবনি, অদুদগী মহর্ষি হায়না খঙনরবা প্রজাপতি মাপল লৈবন্মী। সৃষ্টিগী স্থিতি-কালদা (প্রলয়গী মমাঙদা) ভগবান্ বিষ্ণুদা তৌবা ভক্তিনে, ধর্ম্মনে, দেবতা-শিংনে, লোক ময়াম্বু ঙাকপা নিংথৌশিং লৈ। প্রলয় তৌরমদায়দা অহান্বদা অধর্ম্ম চৎলক্নি,

মতমহুদা নাস্তিকশিংগা লোয়ননা শিব মহাদেবনা য়াম্না শাউগনি। অদুবু পূম্নমক অদু পরমেশ্বর ভগবানগী প্রকাশ মথল মথানি। মরম অদুনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহাদেব (শিব) মখোয়সি প্রাকৃত গুণ অহুমগী অবতার ঙাক্তি। বিষ্ণুনা সত্ত্ব গুণগী অবতারনি। ব্রহ্মানা রজঃ গুণগী অবতারনি অদুগা শিবনা তমঃ গুণগী অবতারনি। প্রাকৃত সৃষ্টিসি প্রাকৃত জগৎতা মায়াবদ্ধ ওইরবা জীবাত্মাগী মুক্তি ফংনবা তানজা লৌজহৌজসনু হায়দুনা মতম থরদগী ওইনা তৌবা প্রকাশনি। অদুগা ভগবান্ বিষ্ণুগী কৃপানা সত্ত্বগুণ চেনবা মীতানা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎতুনা মুক্তি ফংনবগী খুদোংচাবা ইহেন হেন্না ফংগনি অমসুং মুক্তি ফংলগা অরাবগী মতুম প্রাকৃত জগৎতা অমুক হল্লক্তবমথৈ ভগবদ্ধামদা কাজকবা ফংগনি।

## শ্লোক ৪০

**বিষ্ণোর্নু বীর্য্যগণনাং কতমোঽর্হতীহ যঃ পার্থিবান্যপি কবির্বিমমে রজাংসি ।**
**চস্কম্ভ যঃ স্বরহসাস্খলতা ত্রিপৃষ্ঠং যস্মাৎ ত্রীসাম্যসদনাদুরুকম্পয়ানম্ ॥ ৪০ ॥**

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষ্ণোঃ— ভগবান্ বিষ্ণুগী; নু—তৌইগুম্বসুং; বীর্য্য—থৌনা, গণনাম্— শীংথারকপদা, কতমঃ— কনামনা; অর্হতি তৌবা ঙম্মী; ইহ—জগৎসিদা; যঃ— মহাক; পার্থিবানি—পরমাণুশিং; অপি- সু, কবিঃ—পণ্ডিত (বৈজ্ঞানিক); বিমমে—মশীঙ থীবা ঙম্বা য়াই; রজাংসি— লৈচরেং মকুপশিং; চস্কম্ভ— ফাবা ঙময়মগনি; যঃ—মহাক, স্ব রহসা--ভগবান্ মহাকমক্কী খোঙনা; অস্খলতা— অপন অবাক য়াওদবা মওংদা; ত্রি পৃষ্ঠম্—সত্যলোকফাওবা, যস্মাৎ—মদুনা; ত্রিংসামা— গুণ অহুমগী চাংদা চপমান্নবা; সদনাৎ — মফমদুদগী, উরুকম্পয়ানম্—থুনা যাংনা যৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষ্ণুগী থৌনাবু কনানা মপূঙ যানা বর্ণন তৌবা ঙমগদগে? জগৎকী পরমাণুশিংগী মশীঙ থীবা ঙম্নবা যাবা বৈজ্ঞানিক পণ্ডিতনফাওবা বর্ণন তৌবা ঙমদে। মবমদি ভগবান মাতনা মহাক্কী ত্রিবিক্রম মূর্ত্তিদা ইলায় লায়না মখোঙদু খ্বাইদগী রাংবা সত্যলোক অদুগী রাংমা লাম্বোক্তুনা প্রাকৃত গুণ অহুমগী চাংদা মান্নবা মফমদুফাওবা যৌহনবা ঙম্মী।

নৈনবোল

প্রাকৃত জগৎকী বৈজ্ঞানিকশিংনা ফংবা ঙম্মা খ্বাইদগী হেনবা পোক্তি পারমাণিক শক্তিনি। অদুবু প্রাকৃত বৈজ্ঞানিক অদুনা জগৎকী পরমাণুশিংগী মশীঙ লাকপা ঙমদে। অদুবু কনাগুম্বনা অসিগুম্বা পরমাণুশিংগী মশীঙ থীবা ঙম্নবসু নৎত্রগা অতিয়াসিবু ফমুং কোনসনবদৌনা কোনসনবা ঙমলবসু অদুগুম্বা মহাক্তুনা পরমেশ্বর ভগবানগী বীর্য্যগী বর্ণনাদি তৌবা ঙমদে। ভগবানবু ত্রিবিক্রম হায়না খঙনৈ মরমদি মহাক্না বামন ওইনা অবতার তৌথিবা মতমদা মহাক্কী খোঙদুনা খ্বাইদগী রাংবা সত্যলোক হায়বা লোক অদু ফাওদোক্লগা প্রাকৃত জগৎপু কুপ্লিবা (আবরণ তৌরিবা) প্রাকৃত গুণ-শিংগী চাংদা অমতদা লৈবা মফমদু ফাওবা য়ৌখি। প্রাকৃত আবরণগী মরোল তরেৎ প্রাকৃত আকাশগী মথক্তা লৈ; অদুগা ভগবান্না মরোল তরেৎ ফাওরেং লেংবা ঙম্মী। মাগী মখোঙ খুজীন্না থিনগায়দুনা কারণার্ণবগী ঈশীং প্রাকৃত আকাশদা চুমথরকখি; মদুম্না চেনথরকপা ইচেন্দুবু ত্রিভুবনগী লোক পুম্নবু শেংদোকপী পবিত্র গঙ্গা হায়না খঙনরি। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা দিব্যশক্তি-চেনবা বিষ্ণুগা মান্নবা কনামতা লৈতে। মহাক্তি শক্তি পুম্নগী মপুনি অদুনা মাগা মান্নবা নৎত্রগা মঙোন্দগী হেনবা কনামতা লৈতে।

শ্লোক ৪১

**নান্তং বিদাম্যহমমী মুনয়োহগ্রজাস্তে মায়াবলস্য পুরুষস্য কুতোহবরা যে ।
গায়ন্ গুণান্ দশশতানন আদিদেবঃ শেষোহধুনাপি সমবস্যতি নাস্য পারম্ ॥৪১॥**

ন—নত্তে; অন্তম্—অরোইবা; বিদামি—খঙভী; অহম্—ঐ; অমী—মচু পুম্বা; মুনয়ঃ—মুনিশিং; অগ্রজাঃ—হান্না-পোকপশিং; তে—নখোয়; মায়া বলস্য—সর্ব্বশক্তিমান্গী; পুরুষস্য—ভগবান্গী; কুতঃ—করি হায়গনি, অবরাঃ—ঐখোয়গী তুংদা পোকপা; যে—মখোয়চু; গায়ন্—ঈশৈ শক্তুনা; গুণান্—গুণশিং; দশশতননঃ—মকোক লীশীঙ-লোঙবা, আদিদেবঃ—ভগবান্গী অবতাব অহান্বা, শেষঃ—শেষ; অধুনা—হৌজিক; অপি—ফাওবা, সমবস্যতি—পাঙথোকপা ঙম্মী; ন—নত্তে; অস্য মহাক্কী, পারম্—ভমখৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐস্থ অদুগা নঙগী মাঙদা পোকখিবা মুনিশিংস্থ সর্ব্বশক্তিমান্ পরমেশ্বর ভগবান্বু মপুঙ ফানা খঙদে। অদুনদি ঐখোয়গী তুংদা পোক্লকপা মখোয়নদি ভগবান্গী মরমদা করি খঙগনি। ভগবানমক্কী ইহান্-হান্বা অবতার শেষ কৌবচুস্থ মহাক্কা চীন লীশীঙদা ভগবানগী গুণ মযামচু শক্কা শরমক ভগবানবু য়েৌনা খঙবা ঙমদে।

নৈনরোল

সর্ব্বশক্তিমান্ পরমেশ্বর ভগবান্গী মরু ওইনা অন্তরঙ্গা (মনুঙগী), বহিরঙ্গা (মপাম্বোংগী), তটস্থা (তোর্বান্তাবা) হায়বা শক্তি অহুম লৈ। মচুদগীস্থ হেন্দোক্লা শক্তি অহুমসিগী প্রকাশ (শকফোঙ) মশীঙ নাইদবমখৈ লৈ। মরমসিনা শক্তিগী প্রকাশশিংবু কনাগুম্বা অমতনা মশীঙ থীবা ঙমদে মবমদি ভগবান্ মচামকস্থ শেব ওইনা অবতার তৌরকাওবদা অদুগা মহাক্কী মচীন লীশীঙচুনা ওওনা শোল্লবফাওবদা শক্তিশিংচুগী মশীঙ লাকপা ঙমদে।

শ্লোক ৪২

**যেষাং স এষ ভগবান্ দয়য়েদনন্তঃ সর্ব্বাত্মনাশ্রিতপদো যদি নির্ব্যলীকম্।
তে দুস্তরামতিতরন্তি চ দেবমায়াং নৈষাং মমাহমিতি ধীঃ শ্বশৃগালভক্ষ্যে ॥৪২॥**

যেষাম—মখোয়গী; সঃ—মহাক; এষঃ—অদু; ভগবান—ভগবান্, দয়য়েৎ দয়া তৌবী; অনন্তঃ—অনন্ত; সর্ব্ব-আত্মনা—করিমতা খাক্তবমখৈ; আশ্রিত-পদঃ চঙজরবা মী; যদি বদিঃ নির্ব্যলীকম্—তাৎ য়াওদনমখৈ, তে—মখোয়, দুস্তরাম্—লাম্বোকপদা ৱাৱব। অদুবু; অতিতরন্তি—পুঙলান্ লাম্বোকই, চ - অমস্তুং, দেবমায়াম্- ভগবান্গী মায়াবু, ন— নত্তে; এষাম্—মখোযগী; মম—ঐগী, অহম্ - ঐহাক; ইতি- অসুম্না; ধীঃ—বুদ্ধি; শ্ব—হুই; শৃগাল—নমচুই; ভক্ষ্যে— চাবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা ভগবান্দা মচাবু পুঙকৎ-কংথোকচরবা মরম্না মহাকপু ভগবান্না থোইদোক্লা চান্বিরবদি মহাক লানবদা ৱানঙাই ওইবা ভগবদ্-মায়াবু লাম্বোকপা ঙম্মী অমস্তুং ভগবানবু খঙজৈ। অদুগা হুই অমদি লমহুইশিংগী চীঞ্জাক ওইগদবা দেহেবু ঐগীনি অমদি ঐনি হায়বা মীতাশিংচুদি মায়াবু লাম্বোক্পা ঙমদে।

নৈনরোল

ভগবান্গী বিশুদ্ধভক্তশিংনা ভগবান্গী যশঃময়ামচু খঙভী, হায়বদি ভগবান্না কয়ামুক চাওয়ি হায়বা মদুগা মহাক্কী মখলমথা ওইহরিবা শক্তিগী প্রকাশস্থ কয়ামুক চাওয়ি হায়বা ভক্তশিংনা খঙবা ঙম্মী। মাঙ তাকপা-যাবা হকচাঙদা আসক্ত ওইবা মীতাশিংনা ভগবৎ-তত্ত্বজ্ঞানগী মফমদা খক চঙবা ঙম্মোই।

সংসারীশিংগী জগৎপুম্বনা মখোয়গী হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌবনা ভগবৎ তত্ত্ব খঙদে। সংসারীদি মাগী প্রাকৃত দেহগী য়াইফনবদা হোৎনৈ, মানা হোৎনবসি মাগী দেহগীদা নত্তে, মহাক্কী মচা-মশূশিংগীনে, মরিমতাগীনে, সম্প্রদায়গীনে অদুগা দেশবাসীশিংগীনে মখোয় পুম্নমক্কী দেহেগীদমকস্থ হোৎনৈ। লোকহিতৈষী (ময়ামগী কান্নবা তৌনীঙবা মী) অমসুং পরার্থী (অতোপ্পগীদমক লৈবা) ওইবা মীতানা রাজনীতিগী, জাতীয়তাবাদীগী অমসুং আন্তর্জাতীয়তাবাদীগী মীংয়েংদগী ঘোর সংসারী ওইনা ওইনা থবক কয়া পায়খৎলী, অদুবু মখোয়না তৌথোরকপা থবক অমতা দেহবু আত্মানি হায়বা রাখলগী মথা পোন্দবা অমতা য়াওদে। মরমসিনা হকচাঙগা আত্মাগা অমতনি হায়বা অরান্বা রাথনসিদগী নাম্থোকপা ঙমত্রিবমথৈ কনামতনা ভগবান্বু খঙলোই; অদুগা ভগবৎ-জ্ঞানবু লৈত্রবদি জড়বাদী সভ্যতাগী চাওখৎপা কৌবা পুম্নমক লক্ষ্য মীংথরুঙায় ওইরবস্থ অরেম্বনি হায়না লৌগদবনি।

শ্লোক ৪৩-৪৫

**বেদাহমঙ্গ পরমস্য হি যোগমায়াং যূয়ং ভবশ্চ ভগবানথ দৈত্যবর্য্যঃ।**
**পত্নী মনোঃ স চ মনুশ্চ তদাত্মজাশ্চ প্রাচীনবর্হি ঋভুরঙ্গ উত ধ্রুবশ্চ ॥৪৩॥**
**ইক্ষ্বাকুরৈলমুচুকুন্দবিদেহগাধি রঘ্বম্বরীষসগরা গয়নাহুষাদ্যাঃ।**
**মান্ধাত্রলর্কশতধন্বনুরন্তিদেবা দেবব্রতো বলিরমূর্ত্তরয়ো দিলীপঃ ॥৪৪॥**
**সৌভর্য্যুতঙ্কশিবিদেবলপিপ্পলাদসারস্বতোদ্ধবপরাশরভূরিষেণাঃ।**
**যেঽন্যে বিভীষণহনূমদুপেন্দ্রদত্তপার্থার্ষ্টিষেণবিদুরশ্রুতদেববর্য্যাঃ ॥৪৫॥**

বেদ—খঙঙী; অহম—ঐ; অঙ্গ—হে নারদ; পরমস্য—ভগবান্গী; হি—লেপ্পমক; যোগমায়া—যোগমায়া কৌবা ভগবান্গী শক্তি; যূয়ম্—নহাক; ভব—শিব; চ—অমসুং; ভগবান্—অচৌবা দেবতা; (ভব ভগবান্—ভগবান্ শিব); দৈত্যবর্য্য—দৈতশাগেগী অথোইবা প্রহ্লাদ; পত্নী—শতরূপাঃ মনোঃ—মনুগী; সঃ—মহাক; চ—সু; মনুঃ—স্বায়ম্ভুব; চ—অমসুং; তৎ-আত্মজাঃ—মহাক্কী মচাশিং প্রিয়ব্রত, উত্তানপাদ, দেবহূতি নচিংবা; প্রাচীনবর্হিঃ—প্রাচীনবর্হি; ঋভুঃ—ঋভু; অঙ্গঃ—অঙ্গ (বেনগী মপা); উত—ফাওবা; ধ্রুবঃ—ধ্রুব; চ—অমসুং; ইক্ষ্বাকুঃ—ইক্ষ্বাকু; ঐল—ঐল; মুচুকুন্দ—মুচুকুন্দ; বিদেহ—মহারাজ জনক; গাধি—গাধি; রঘু—রঘু, অম্বরীষ—অম্বরীষ; সগরাঃ—সগর; গয়—গয়; নাহুষ—নাহুষ; আদ্যঃ—অসিনচিংবা; মান্ধাতৃ—মান্ধাতা; অলর্ক—অলর্ক; শতধনু—শতধনু; অনু—অনু; রন্তিদেবাঃ—রন্তিদেব; দেবব্রতঃ—ভীষ্ম; বলিঃ—বলি; অমূর্ত্তরয়ঃ—অমূর্ত্তরয়ঃ; দিলীপঃ—দিলীপ; সৌভরিঃ—সৌভরি; উতাঙ্ক—উতাঙ্ক; শিবি—শিবি; দেবলঃ—দেবল; পিপ্পলাদ—পিপ্পলাদ; সারস্বত—সারস্বত; উদ্ধব—উদ্ধব; পরাশর—পরাশর; ভূরিষেণাঃ—ভূরিষেণ; যে—মখোয়; অন্যে—অতৈ; বিভীষণ—বিভীষণ; হনূমৎ—হনুমান; উপেন্দ্র-দত্ত—শুকদেব গোস্বামী; পার্থ—অর্জ্জুন; আরষ্টিষেণ—আরষ্টিয়েণ; বিদুর—বিদুর; শ্রুতদেব—শ্রুতদেব; বর্য্যাঃ—খ্বাইদগী থোইবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, ভগবানগী কৃপাদগী ঐ পরম-পুরুষ অদুগী যোগমায়াদু খঙঙীঃ নখোয়সু খঙঙী; ভগবান্ মহাদেব, দৈত্যলক্তা অথোইবা প্রহ্লাদ, স্বায়ম্ভুবমনু, মনুগী তালোই শতরূপা, মনুগী মচা প্রিয়ব্রত, উত্তানপাদ, দেবহূতিনচিংবা, প্রাচীনবর্হিঃ, ঋভু, বেনবু পোকপা অঙ্গ অমসুং ধ্রুবসু খঙঙী।

ইক্ষ্বাকু, ঐল, মুচুকুন্দ, জনক, গাধি, রঘু, অম্বরীষ, সগর, গয়, নাহুষ, মান্ধাতা, অলর্ক, শতধনু, অনু, রন্তিদেব, দেবব্রত, ভীষ্ম, বলি, অমূর্ত্তরয়, দিলীপসু খঙঙী।

সৌভরি, উতঙ্ক, শিবি, দেবল, পিপ্পলাদ, সারস্বত, উদ্ধব, পরাশর, ভূরিষেণ, হনুমান, শুকদেব, অর্জ্জুন, আরষ্টিষেণ, বিদুর, শ্রুতদেবনচিংবশিংসু খঙঙী।

নৈনরোল

মথক্তা পনথ্রিবা ভগবানগী মহান ভক্তশিং—মমাঙৌদদস্থ হৌভিকীস্থ অদুগা তুংগীস্থ—মখোয়-শিংনা ভগবানগী যোগমায়াবু মহাক্কী নামগী, গুণগী, লীলাগী, পরিকরশিংগী শক্তিগা লোয়ননা খঙঙী। মখোযনা করম তৌনা খঙলিবনো? মখোয়না খঙবদি রাখল্লা শাগৎতুনা খঙবা নত্তে নৎত্রগা জ্ঞান ফংনবা খুৎলাইলক্তা ডমখৈ নাইবা খুৎলাই শীজন্নতুনা খঙবা নত্তে। জ্ঞানগী ডমখৈ নাইবা খুৎলাইশিংগী (ইন্দ্রিয়শিং নৎত্রগা মাইক্রোসকোপ অমদি টেলিস্কোপশিংনা) মতেঙনা কনানস্থ ঐখোয়গী ইমীৎনা উবা ভগবান্গী ভৌতিক শক্তিশিংবু ফাওবা খঙবা ডমদে। খুদম ওইনা হায়রগা, বৈজ্ঞানিক-শিংনা খঙদবা লোক কোটি কোটি লৈ। মসি পুম্বসে ভগবান্গী ভৌতিক শক্তিগী শকউৎ ঙাক্তনি। অদুনা ভগবান্গী দিব্য শক্তিগী শকউৎ ময়ামদুবু মাগী প্রাকৃত উপাযনা বৈজ্ঞানিকনা করম্না খঙবা ডমগদৌরিবা? 'বদি' অমস্তং 'ওইবা য়াই' কয়ামা শীজন্নতুনা রাখল্লা লায়বা হোৎনবনবু করি হেল্লা খঙনঙাই লৈগদগে'? খঙবা হেক্তৎপগী মতুত্তা নীঙবা কাযদুনা খন্দকবগী বাল্লবা লৈত্রে হায়দুনা মমৈদা ঈশ্বর লৈতে হায়দুনা তোকখিনি। মরমসিনা জ্ঞান তাবা মীতানা মাগী থোপ মচানা ফংলরোইদবা বিষযশিংগী মরমদা কল্পনা তৌথদে; তশেংনমক মহাক্তা অশেঙবা জ্ঞান পীবা ঙম্না ভগবান্দা মহাবু কখোকপা হৈনবা হোৎনৈ। উপনিষদশিংদা তশেংনা হায়রি—যাম্না বল্লা হোৎনদুনা অমদি থোপ শীজন্নদুনা নত্রগা মামস্কি কহ্ননানা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা ঙম্না নত্তে। ভগবানবু খঙবদি মঙোন্দা কখোকচববা মীতাদনা খঙগদবনি। শ্লোকসিদা, জীবলক্তো থোইরেন থেৎইবা ব্রহ্মাজিনা রাফমসি খঙঙী। মবমসিনা জ্ঞান চাংয়েং লম্বী চৎলগা মহৈ য়ান্দবমখৈ নামৎ মাঙহন্দবনা হেল্লা কৈ। ভগবানগী মফমদা আত্মসমর্পণ (ইশাবু কখোকপা) তৌদুনা অদুগা মথক্তা পহিবা মীতাশিংগী খুদুং ইনবনা চুম্মী। ভগবানদি ডমখৈ নাইদবনি (অসীম নি) মহাক্কা যোগমাযাগী মতেঙনা মী মীদুগী আত্ম-সমর্পণগী মাপ মতুং ইন্না কৎথোকচববা মীদুনা মাবু খঙৎদা মতেঙ পাঙঙী।

শ্লোক ৪৬

**তে বৈ বিদন্ত্যতিতরন্তি চ দেবমায়াং স্ত্রীশূদ্রহূণশবরা অপি পাপজীবাঃ।**
**যদ্যদ্ভুতক্রমপরায়ণশীলশিক্ষাস্তির্যগ্জনা অপি কিমু শ্রুতধারণা যে ॥৪৬॥**

তে - মখোয়, বৈ--লেপ্পমক, বিদন্তি—খঙঙী, অতিতরন্তি—লাম্ভোকযি, চ- স্থ, দেবমাযাম-ভগবানগী মাযা, স্ত্রী—নুপী; শূদ্র—শূদ্র; হূণ হূণ (চীঙমী); শবরাঃ- সাইবেরিযানশিং নৎত্রগা শূদ্রদগী হেল্লা তোনবা মী, অপি -স্থ, পাপজীবাঃ—পাপচেনবা জীবশিং; যদি বদি, অদ্ভুত ক্রম —অঙকপা থোদোগী মী, পরাযণ- ভক্ত ওইবশিং; শীল- লমচৎ; শিক্ষাঃ—খঙবা; তির্যাক্জনাঃ —মীওইবা নত্তবা মখোয় ফাওবা, অপি—স্থ; কিম্—কবি; উ—হাযগনি; শ্রুত ধারণাঃ—ভগবানগী মবমদা মনাকোঙনা তাদুনা ভগবান্গী ভাব পুরবশিং; যে- মখোয়দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্তদা চঙজববা ভক্তশিংগী মতুং ইন্দুনা শিক্ষা ফংলবা মখোয়দুদি নুপী, শূদ্র, হূণ, শবরন-চিংবা পাপ-চেনবা জাতিগী মী ওইরবস্থ অদুগা শা উচেকনচিংবা তির্যাক্-জাতিদা পোক্পা ওইরবস্থ ভগবানগী মায়াবু খঙবা ঙম্মী অমস্তং মায়াদুবু লাম্ভোকপা ঙম্মী। মরমসিনা শ্রীগুরুনচিংবদগী ভগবান্গী নাম রূপ-নচিংবা নাকোঙনা তারগা থম্মোইদা হাপ্পা মীওইবশিংনদি ভগবান্গী মাযাবু খঙদুনা মদুবু লাম্ভোকপা ঙমগনি হাযবসিদা করি ঙকঙাই লৈবগে?

### নৈনরোল

করম তৌনা ভগবান্দা মীওইবনা মশাবু কথোকপা ঙমগদগে হায়না মরক মরক্তা হংনরকয়ি; ভগবদ্গীতাদা (১৮।৬৬) ভগবান্না মঙোন্দা কংথোকউ হায়না অর্জ্জুনদা হায়খি। মরমসিনা মতৌ অসুম্না কথোকনীংবা মীতাশিংনা ঈশ্বর কদায়দা লৈ অদুগা কনাদনো চঙজদৌরিবসিবো হায়না হংনরকয়ি। মসিগুম্বা ৱাহংশিংগী পাউখুম মফমসিদা (নৈনরিবা শ্লোকসিদা) চপ চানা য়াওরি। কনাগুম্বগী মমীৎ মাঙদা ভগবান্ থোরক্কুবা য়াই, অদুবু মীহুনা মাগী লমজিংবা পামলবদি ভগবান্না শোয়দনমক মীহুবু ভগবান্গী নাক্তা পুশনবা ঙমগদোবা মী অমা থারক্কনি। আধ্যাত্মিক উপলব্ধি ওইননবা লম্বীদা চাওখৎ খোঙথাং থাংবগীদমক্তি প্রাকৃত গুণ ময়াম চেপ্‌ত্রবস্থ য়াই। প্রাকৃত জগৎতা কনাগুম্বনা থবক অমা তৌবা তারবদা মহাক থবক অদু ঙম্মনবা গুণ খরা চেন্দবা য়াদে। গুণ অসি চেপ্‌ত্রবদি থবক্কুগীদমক্তি মহাক মতীক চাদে। অদুবু ভগবানগী সেবাগীদমক্তা চঙগদবা গুণ আত্মসমর্পণ ইশাবু (ইশাবু কথোকপা) হায়বসিতনি। মী মানা মহাবু কথোকপা হায়বসি মাগী মথুৎতা লৈবনি। কনাগুম্বনা মহাবু কথোকচগে হায়রবদি মহাক্তা থীন্দবমখৈ কথোকচবা ঙমগনি, মদুম তৌবনা মাগী আধ্যাত্মিক জীবন চৎপা হৌরবনি। ভগবান্গী প্রতিনিধি (মীহুৎ) অশেঙবদি ভগবানগা চপ মান্ননা পূকচেল ফবনি। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা ভগবান্গী মুংশিহৈবা প্রতিনিধিদি হেন্না থৌজান হৈবনি অদুগা মনাক চঙবদা য়াম্না লাযনা চঙবা য়াবনি। পাপচেনবা মী অমনা ভগবান্দা হকথেংননা চঙজবা ঙমদে, অদুবু পাপীহুনা ভগবান্গী ভক্তগী মফমদদি যাম্না লাযনা চঙবা ঙম্মী। কনাগুম্বনা মশাবু অসিগুম্বা ভক্তগী মখুত্তা থমজবদা যানীংলগদি মহাক ভগবান্গী ৱাবম খঙবস্থ ঙমগনি অদুগা ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্তগুম্বা অমা ওইরকপস্থ ঙমগনি অদুগা মদুম তৌরগা অরান খুভম (মুক্তি) ফংদুনা নিত্য আনন্দ (তুংকোইবা নুংঙাইবা) ফংননবা ভগবানগী নাক্তা অমুক হনবা ঙমগনি।

নবমসিনা ভগবত্তত্ত্ব খঙবা অদুগা হিংননবা লান্দগী মুক্তি ফংবদি মপূক্নীং লেপ্পবা সাধক অমগী-দমক্তি অদুক হাক্লা লুদে, অদুগা করিস্থ কান্নদবদা পঙথল খল্লগা লৈবা মীতাশিংগী য়াম্না লুই।

### শ্লোক ৪৭

**শশ্বৎ প্রশান্তমভয়ঃ প্রতিবোধমাত্রং শুদ্ধং সমং সদসতঃ পরমাত্মতত্ত্বম্ ।**
**শব্দো ন যত্র পুরুকারকবান্ ক্রিয়ার্থো মায়া পরৈত্যভিমুখে চ বিলজ্জমানা**
**তদ্বৈ পদং ভগবতঃ পরমস্য পুংসো ব্রহ্মেতি যদ্ বিদুরজস্রসুখং বিশোকম্ ॥ ৪৭ ॥**

শশ্বৎ—তুংকোইবা, নিত্য; প্রশান্তম্—লাঙতক্নদবা: অভয়ম্—কিবা লৈতবা: প্রতিবোধমাত্রম্—জড-নত্তবা মপূঙফাবা ভাবনা; শুদ্ধম্—মক্তবমখৈ শেংবা, সমম্—খেন্নবা লৈতবা (ভেদশূন্য), সৎ-অসতঃ পরম্—বিষয়গা কারণগগী ৱাংমদা লৈবা, আত্মতত্ত্বম্—আত্মাগী বা; শব্দঃ খোন; ন নত্তে; যত্র—মফমদুদা, পুরুকারকবান্—(কর্ত্তা, কর্ম্ম, কারণ, অধিকরণচিংবা) কারক মযাম্না পাঙথোক্কঙাই ওইবা (বহুকারকসাধ্য); ক্রিয়া-অর্থঃ—যজ্ঞগীদমক, মায়া—মায়া, পরৈতি—পাইথোবয়ি; অভিমুখে—মাঙদা; চ—অমসুং, বিলজ্জমানা—ইকাইববা, তৎ—মদু, বৈ—লেপ্পমক, পদম্—স্বরূপ (অশেঙবা মশক); ভগবতঃ—ভগবান্গী; পরমস্য—থোইরেন থোইবগী; পুংসঃ—পুরুষগী; ব্রহ্ম—ব্রহ্ম; ইতি—অসুম্না; যৎ—মদু; বিদুঃ—খঙঙী; অজস্র—ঙমখৈ নাইদবা; সুখ—নুংঙাইবা; বিশোকম্—অৱাবা য়াওদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্ম হায়না খঙনরিবা অদুদি তুংকোইনা নুংঙাইবনি মঙোন্দা নুংনাঙবা (শোক) য়াওদে। ব্রহ্মসি পরমপুরুষ (হায়বদি রূপগুণচিংবা-লৈবা) ভগবান্গী পদনি (অহানবা স্বরূপনি)। ব্রহ্মসি মতম

পুম্বদা লাঙতকুবা, কিবা লৈতবনি। মসি জড় নত্তবা মপূঙ-ফাবা ভাবনা-নি। মোত্তবা অমসুং থেন্নবা লৈতবা অমা ওইবা মরম্না কার্য্য-কারণ পুম্নমক্কী কারণ পুম্নমক্কী কারণ (থোরককম্নি), মঙোন্দা সকাম কর্ম্মগী রা চঙদে অমসুং মায়ানা ইকাইহুনা মঙোন্দগী লাপ্পা চৎথোকয়ি।

নৈনম্নোল

পরমভোক্তা পরমেশ্বর ভগবান্দি পরব্রহ্মনি মরমদি মহাক্তি থোরকফম পুম্নমক্কী থোরকফম্নি। নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌবনা অহানবা খোঙথাঙনি মরমদি প্রাকৃত মায়াদগী ব্রহ্মগা খেন্নৈ। রাহৈ অমরোমদা হায়রগা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মসে অদ্বয়তত্বগী শক্তম অমনি তৌবগীদি মাদি প্রাকৃত মথেল পোংলমশিংদগী তোঙাল্লী। মতুদি অঙানবগা অমম্বগা তোঙানবগুম। অতুগা অঙানবগী মথেল (বৈচিত্র) লৈ, মথেল অসি মঙান হেন্না ফংলবা মীতাশিংনা উবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মবু চরম-উপলব্ধি তৌবা হায়বতুদি ব্রহ্ম কৌবা মঙালগী থোরকফম পরমেশ্বর ভগবান্ সর্ব্বমঙ্গলময় হায়বদি পোৎ খুদিংমক্কী থোরকফম ওইবা অতুনি। মরমসিনা ভগবান্গী দর্শন ফংবা হায়বতুদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মবুসু য়াওনা উববনি; মায়াগী মথুত্তা ময়াই কাবগা খেন্নবা ওইনা অহানবা মতাঙদা ব্রহ্ম উপলব্ধি ওইবদা ময়াই কায়। পরমেশ্বর ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবনা অহুমশুবা মতাঙনি। আদি স্কন্দদা হায়খিবগুম্না অদ্বয়তত্বগী শক্তম অহুম— ব্রহ্মন, পরমাত্মা অমসুং ভগবান্ হাযবসি খঙদবা য়াদে।

'প্রতিবোধমাত্রম্' সংসারদগী পুঙওন ওস্লোকপা হায়বতুনি। জড়দা মায়াগী ওইবা মৈচাক লৈ, অতুগা ব্রহ্মগী ইহান হানবা উপলব্ধিদদি মায়াগী মথুত্তা ময়াই কাবা হাযবতু লৈত্রে। পোকপা-শিবা-হনুরকপা-অনা-য়েক্কী মশক ওইবা সংসারগী মৈচাকশিং য়াওদ্রেবা নিত্য ওইবা পুন্সি অমা ফংঙী। মতুনি অহানবা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম খঙবা হায়বতু।

পরমেশ্বর ভগবান্দি পোৎ খুদিংমক্কী পরমাত্মানি, মরমতুনা চবম ওইবা কল্পনাদা। নুংশিবা (প্রেম) পোকয়ি। প্রেম পোকপসি আত্মাগা আত্মাগা সম্বন্ধ লৈবননি। মপা অমনা মচাবু নুংশি, মবমদি মপা মচাগী মবক্তা শক্কবা অমা লৈ। অতুবু মায়িক জগত্তা লৈনরিবা মপা মচানচিংগী নুংশিন দুদি ময়াইকাবা অমগা কোন্নৈ। অতুগা পরমেশ্বর ভগবানবু ফংলবা মতমদদি প্রেমগী মপূঙ ফাবা হাযবতু থোরকয়ি মবমদি প্রেম সম্বন্ধগী অওইবা হায়বতু ওইবা মরম্না। দেহ অমসুং মনগী প্রাকৃত মচু য়াওবা প্রেম-বস্তু নত্তে ভগবান্দি। মহাক্তি জীব খুদিঙগী থম্মোইহুংদা লৈবা পরমাত্মা অতুনিনা মহাক্তনা মক্তবা, পুঙশেঙ-শেংবা অমদি মপূঙ-ফাবা প্রেমবস্তু হায়বতুনি। মুক্ত ওইবা মতাঙদা ভগবানবু মপূঙ-মরৈ-ফানা নুংশিবা হায়বতু ওইরকয়ি।

মস্মূম তৌববদা, নিত্য ওইবা আনন্দগী ঙমখৈ নাইদবা ঈচেল অমা থোরকয়ি, মতমতুদা নুংঙাইবতু প্রাকৃত জগতা অতৎ অথম নাইবগুম্না তৎকনি হায়বগী কিকনঙাই লৈতে। ভগবান্গা লৈবা সম্বন্ধদি তৎপা নাইদে, মবমতনা থরাই রাবা অমদি অকিবা পোক্তে। অসুম্না ফংবা আনন্দতুদি রাহৈনা ফোঙ-দোকপা ঙম্বা নত্তে, অতুগা নুংঙাইবসি পোক্লবা সকাম কর্ম্ম অমদি যজ্ঞনচিংবা তৌগদবা নত্তে। পরমেশ্বর ভগবান্দগী ফংবা তত্তবা নুংঙাইবনা উপনিষদ্শিংনা হায়বা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মানন্দগী রাংবদনি হায়বসি ঐখোয় খঙজনগদবনি। উপনিষদ্শিংদা প্রাকৃত বস্তুশিং লৈতে হায় অতুবু মতুমক্তা তাকপদি পরমেশ্বর ভগবান্গী দিব্য ইন্দ্রিযশিং লৈতে হায়বদি নত্তে। মফমসিদসু রাক্ষমতুমক প্রাকৃত ভূতশিংগী রা পল্লকপদা হায়বি; মখোয় লোইনমক দিব্য ঙাক্তি প্রাকৃত সঙ্গ তৌদবনি। অতুগা মুক্তি-আত্মাশিংসু ইন্দ্রিয়শিং লৈতবা নত্তে, অতু নত্রগদি অতৎ-অথম-নাইদবা দিব্য সুখ মখোয় মশেল পীথোক-পীশিন্ তৌনরিবসি য়ারোই। ভগবান্গীসু ভক্তশিংগীসু লৈরিবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক প্রকৃত্তিনা মোৎহন্বা ঙমদে। মখোয়না

অহুম্না ওইবগী মরমদি মখোয় প্রাকৃত কার্য্য-কারণগী ৱাংমদা লৈ হায়বসি তশেংনা শ্লোকসিদা হায়রি (সদসতঃ পরম্)। মায়ানা মফমত্তুদা চঙবা য়াদে, মরমদি ভগবান অমসুং দিব্য ভক্তশিংবু ইকাই। প্রাকৃত জগত্তুদি ইন্দ্রিয়গী থবক্তা অৱাবা নংদবা যাওদে, অদুবু শ্লোকসিদদি তশেংনা হায়রি মতুদি ভগবান্গী অমসুং ভক্তশিংগী ইন্দ্রিয়শিংগীদি অৱাবা নংদে। প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগা প্রাকৃত নত্তবা ইন্দ্রিয়শিংগা খেন্নে। প্রাকৃত ওইবা ৱাখল্লা লাক্থুদুনসু ঐখোয়না দিব্য ওইবা ইন্দ্রিয়শিং লৈ হায়বসি য়াদুনা ৱাফমসি খঙজনগদবনি।

প্রাকৃত জগত্তা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংসে তমঃ হায়বা প্রাকৃত গুণ অদু হাল্লবা ঙাক্লি। লম্বী খুদিঙদা, মহাজনশিংনা মায়াগী ৱাখল্দগী ইন্দ্রিয়শিংবু শেংদোক্লকুবা লাউরি। প্রাকৃত জগত্তা ইন্দ্রিয়শিং মী মচা মচাগী পেন্নবগী লৈবনি অদুগা প্রাকৃত নত্তবা জগত্তুদি ইন্দ্রিয়শিংবু পরমেশ্বর ভগবান্গী লৈবনি হায়বদুগীদমক্তা চপচানা শীজন্নে। অসিগুম্বা ইন্দ্রিয়গী থবকশিংসে মচাগী হৌনশানি; মরমসিনা ইন্দ্রিয় পেলহন্বা হায়বদু অতৎ-অথম লৈতনা ওই অমসুং প্রকৃতি মোৎহন্দুনা থুগাইবা ঙমদে, মরমদি ইন্দ্রিয়শিংদো দিব্য ওইনবা শেংদোক্লবনি। ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংদি ঙমখৈ-নাইদবনিনা অমসুং মতম পূম্বদা হেক্কৎপদা ওইবনিনা প্রাকৃত ওইবা চেষ্টা নৎত্রগা শাশন্নবা থৌবাং অমতা চঙদ্রে। দিব্যগুণগী ওইবা নুংঙাইবা মতাসিবু 'ব্রহ্মসৌখ্যম্' হায়না কৌয়ি, মসিগী মরমদা গুগায়না মঙাশুবা স্কন্ধদা বর্ণনা তৌরিবনি।

শ্লোক ৪৮

**সধ্র্যাঙ্ নিয়ম্য যতয়ো যমকর্তহেতিং**
**জহ্যুঃ স্বরাড়িব নিপানখনিত্রমিন্দ্রঃ ॥ ৪৮ ॥**

সধ্র্যাক্—লোয়নবিবা পুক্নীংবু; নিযম্য—লাকশন্দুনা; যতয়ঃ—যোগীশিংনা; যম-কর্ত্তা-হেতিম—আধ্যাত্মিক সাধনা; জহ্যুঃ—থাদোকযি; স্বরাট্ মনীঙতম্বা; ইব—গুম্না; নিপান—কুহা; খনিত্রম্—তৌবগী অৱাবা, ইন্দ্রঃ—ইন্দ্রনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত নত্তবা ফীভমদা যোগীশিংগুম্না মন লাকশন্নবগী সাধন হায়বদি থ্যান্নচিংবা তৌনিঙডায় লৈত্রে। মসিগুম্বা সাধনশিংবু, ইন্দ্রনা কুহা তৌবগী অৱাবা থাদোকপগুম্না, থাদোকপা য়ারে।

নৈনৱোল

কনাগুম্বনা ঈশীং পান্নগা কুহা তৌঃয়ি অদুগা কুহা তৌঃবগী অৱাবদু লৌয়ি। মতৌ অদুগুম্না আধ্যাত্মিক উপলব্ধি ফংদ্রিবা অমনা ইন্দ্রিয়শিং লাক্শন্দুনা ধ্যান তৌযি। অদুবু অসিগুম্বা ইন্দ্রিয়-লাকশন্বা অদুগা আধ্যাত্মিক সিদ্ধিসিদি পরমেশ্বর ভগবানবু প্রেমসেবা হেক তৌবা হৌবগা মতম অমতদা ওইহনবা যাই। মরমসিনা মুক্তাত্মাশিংসু ভগবল্লীলাশিংবু শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবগী থবক্তা য়াওশল্লী। মতাঙসিদা ইন্দ্রবু খুদম ওইনা পীবসি যুৎ য়াম্না চাবনি। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবদি জগৎকী নোং মঙহন্বা অমদি চুহন্বগী লাইনি, মরমসিনা মহাক্কী শীজন্নবা ঈশীং ফংননবা কুহা তৌদুনা ৱাক্লনঙাই লৈতে। মাগীদি, ঈশীং ফংননবা কুহা তৌঃবা হাযবসি নোক্লঙাই থক্লি। মতৌ অদুগুম্না, ভগবান্গী প্রেম-সেবাদা লৃপ্লিবা মীতাশিংদি পুন্সী পম্বুং হায়বদু ফংলবনি, মখোয়দি ভগবান্গী স্বরূপ অমদি থবকশিংদু খিকনবগীদমক থল্লুদবা য়ারে। অসিগুম্বা ভক্তশিংদি ভগবান্গী অওইবা নৎত্রগা ওইদবা মশক অদু ধ্যান তৌদবা য়ারে। ভগবান্গী দিব্য প্রেম-সেবাদা চাননা চঙলবা মরম্না মখোয়না অমুক মানসিক কল্পনা নৎত্রগা ধ্যান তৌরুত্রবসু য়ারে। মরমসিনা পুন্সিগী অওইবা সিদ্ধি হায়বদুদি ভগবান্গী দিব্য প্রেম-সেবাদা চঙবনি।

শ্লোক ৪৯

**স শ্রেয়সামপি বিভুর্ভগবান্ যতোঽস্য ভাবস্বভাববিহিতস্য সতঃ প্রসিদ্ধিঃ।**
**দেহে স্বধাতুবিগমেঽনুবিশীর্য্যমাণে ব্যোমেব তত্র পুরুষো ন বিশীর্যতেঽজঃ ॥৪৯॥**

সঃ—মহাক (ভগবান্); শ্রেয়সাম্—মঙ্গল পুম্নমক্কী; অপি—সু; বিভুঃ—মপু; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; যতঃ—মরম্না; অস্য—মহাক্কী (জীবগী); ভাব—ওইবা মওং; স্বভাব—মহৌশা; বিহিতস্য—পাঙথোপকগী; সতঃ—অফবা থবক; প্রসিদ্ধিঃ—অথোইবা সিদ্ধি; দেহ—হকচাঙগী; স্বধাতু—মচাগী ভুতশিং; বিগমে—মাঙথ্রবনা; অনু—তুংদা; বিশীর্য্যমাণে—থাদোক্লহৌনা; ব্যোম্—আকাশ, অতিয়া; ইব—শুম্না; তত্র—মতুদা; পুরুষঃ—জীবনা; ন—নত্তে; বিশীর্য্যতে—মাঙডী; অজঃ—পোক্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্না মঙ্গল ওইবা থবক খুদিংমক্কী মপু মকোক্নি, মরমদি জীবনা প্রাকৃত-নত্তবা জগৎতা তৌবা থবক পুম্নমক্কী ফল অদু ভগবান্না পীবনি। মতৌ অসুম্না তৌবনা মহাক্না সিদ্ধি-পীবা মপুনি। জীব খুদিংমক অজ-নি (পোকপা-নাইদে), মরমদুনা প্রাকৃত দেহনা তুমথ্রবা তুংদসু জীবদি দেহমুংদা লৈবা মুংশিংকুম্না অদুম লৈ (শিবা নাইদে)।

নৈনরোল

জীবাত্মাদি অজ (পোকপা নাইদবা) অমসুং নিত্যানি; ভগবদ্গীতাদা (২।২০) হায়রগুম্না প্রাকৃত ভূতনা শাবা দেহনা তুমথ্রবসু জীবাত্মাদি মাঙবা-তুম্বা লৈতে। জীবাত্মানা সংসারদা লৈরিবমখৈ মহাক্না তৌবা থবক পুম্নমক্কী ফল পরলোক-তা ফংগনি নত্রগা ইহলোকতফাওবা ফংবা য়াই। মতৌ অদুগুম্না মহাক্না দিব্য জীবন-দা লৈবদসু মাগী থবকশিং হুগী য়েংহুনা ভগবান্না মুক্তি মথল মডা পীনবি। নির্বিশেষবাদী ফাওবা ভগবান্না মাবু চান্দ্রবদি মানা পামজবা ভগবান্দা তিনবা হায়বদু ফংবা ঙমদে। ইহলোকসিদা কনাগুম্বনা পামজবদো ভগবান্না অদুম থুংহনবী হায়না ভগবদ্গীতানা হায়রি (৪।১১)। পামজ পামজবদো থনবদা জীবশিংবু মনীঙ তমজবা ঙমহল্লী। অদুগা মখোয়গী অপাম্বদু ভগবান্না অদুম মপীবি।

মরমসিনা মী খুদিংনা মশা মশাগী অপাম্বা লায়না ফংবা ঙম্নবা পরমেশ্বর ভগবান্‌তবু ভক্তিগা লোয়নননা পূজা তৌগদবনি। নির্বিশেষবাদীসু ধ্যানযোগ তৌগদবগী মতুঙা ভগবানগী নিতিসেবা তৌহুনা ইলায় লায়না মানা নীংজবদু থুংগনি।

ভক্তশিংদি মহৌশানা ভগবান্গী পারিকর (লোয়নবা) ওইহুনা লৈনীঙডী, নির্বিশেষবাদীগুম্না ভগবান্দা তিনবা (সাযুজ্য মুক্তি) পামদে। মরমদুনা ভক্তশিংনা মখোয়গী স্বরূপকী ভাব মতুংইন্না ভগবান্গী দাস, সখা, মাতা, পিতা, অমদি কান্তা ওইনীংবদু ফংজৈ। ভগবানবু ভক্তি তৌবগী সাধন অঙ্গ মাপল্লি, মদুদি শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা), কীর্ত্তন (শক-শোনবা) নচিংবা; অদুগা অসিগুম্বা অরায়বা মহৌশাগী ওইবা ভক্তি সেবানা ভক্তশিংনা সিদ্ধি অথোইবদুদি ব্রহ্মদা তিনবা হায়বা সিদ্ধিহুদগী য়াম্না হেন্না হেন্না থাংবা জাৎনি। মরমদুনা ভক্তশিংবু পরতত্ত্ব থিহুনা নৎত্রগা খুৎশেমগী পাম্বৈনা শুন্যংদা ধ্যান তৌহুনা থক লৈগমু হায়না তাকপী।

হৌজিক হৌজিক্কী দেহসি লৈত্রবদা ভগবানগা হকথেংনদুনা উননবগী দেহ লৈত্রে হায়না শেরান্নবা থল্লোইদবনি। জীবাত্মাদি পোকপা নাইদে। অদুগা জীবাত্মাসি মাগী ভৌতিক দেহ শেমলকপগা লোইননা থোরকপা নত্তে। অমরোমদনা ভৌতিক দেহসি জীবাত্মাগী বাসনাদগী (মানা পাম্বদগী) ভৌতিক দেহ ওইরকপনি হায়বদি চুম্মী। ভৌতিক দেহ ওইরকপদি জীবগী বাসনা ময়ামগী যল ওইনা ওইরকপনি। জীবগী বাসনা বাসনাগী মতুং ইন্না ভৌতিক দেহ ওইরকপনি। মরমসিনা আত্মাদগী ভৌতিক দেহ ওইরকপনি, হায়বদি জীবনি শক্তিনা (হিংননবগী পাঙল্মা) পোকহনবনি। জীবদি নিত্যানিনা হকচাঙ মনুংডা নুংশিংনা লৈবগুম্না লৈ। নুংশীংনা লৈবসি হকচাঙগী মমুঙদা অমসুং মপান্দা লৈ। মরমসিনা মপাম্বোংদা কুপলিবা ভৌতিক দেহসি মাঙথ্রবা মতমদা হিংলিবা মৈরী (আত্মা) অদু হকচাঙমুংগী হুংশিংকুম্না অদুম লৈহৌয়ি। চরম কর্ত্তা (অরোইবা মপু) ওইবা ভগবানগী

কৃপানা জীবাত্মাদা মাগী ওইফম থোকপা হকচাঙ হায়বদি ভগবানগা লোইনবদা মতীক চাগদবা চিন্ময় দেহ অমা পীনবি; ভগবান্গা লোয়নবগী মওংদি সারূপ্য (ভগবানগা রূপ মান্নবা), সালোক্য (ভগবান্গা লোক অমতদা লৈমিন্নবা), সার্ষ্টি (ভগবান্গী ঐশ্বর্য্যগা মান্নবা ঐশ্বর্য্য লৈবা) অমসুং সামীপ্য (ভগবান্গা নক্লনা সঙ্গ তৌবা) হায়বা মওংশিংসিনি।

ভগবান্দি কৃপামুক থোজাল হৈবগে হায়ববু ভগবান্গী ভক্ত অমনা মায়ানা মোংহনবা ঙমদ্রবা ভক্তি সেবাগী থোঙচৎ অদু মপূঙ ফাবা ঙমহৌদ্রফাওবদা, মপূঙ ফাবা ঙমহন্নবগীদমক ওল্লকপা মপোক্তা ভক্তগী নৎত্রগা লৈল্লেবগী ময়ুমদা পোকহনবী। মদুম তৌবদুনা হিংননবা লাল য়াওদবমখৈ ভক্তদুনা মায়ানা মোংহনবা শরুক লেমহৌরিবদু শেংদোকপা ঙমজে। মতৌ অসুম্না শুদ্ধ ওইরবা মতুংদা হায়বদি শিরগা ভগবান্গী নাক মরানয়াইদা জীবদুনা হনবা ঙমজে। বাফমসি ভগবদ্গীতানা হায়রিবনি।

বাফমসিগী অকুপ্পা মরোল্দি শ্রীল জীব গোস্বামী প্রভুপাদগী ভগবৎ-সন্দর্ভ-দা ফংবিগনি। অমুক্তুং দিব্য জীবন ফংগ্রবা ভক্তদুদি দিব্য ধামদা নিত্য ওইনা লৈরগনি হায়বসি মমাঙগী শ্লোকসিদা নৈনখিবগুম ওইগদৌবনি।

শ্লোক ৫০

**সোঽয়ং তেঽভিহিতস্তাত ভগবান্ বিশ্বভাবনঃ।**
**সমাসেন হরের্নান্যদন্যস্মাৎ সদসচ্চ যৎ ॥ ৫০॥**

সঃ—মদু; অয়ম্—মহাকমক; তে—নঙোন্দা; অভিহিতঃ—ব্যাখ্যা তৌগ্রবনি; তাত—মুংশিরবা ইচা; ভগবান্—ভগবান; বিশ্বভাবনঃ—টাইবঙ-শেম্বা মপু; সমাসেন—সম্পৃৎনা; হরেঃ—হরিগী; ন—নত্তে; অন্যৎ—অতোপ্পা; অন্যস্মাৎ—অতোপ্পদগী; সৎ—উরিবা জগৎ; অসৎ—বাখল্তনা লাম্বা যংবা; চ—অমসুং; যৎ—অমা হেক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিরবা ইচা, শকউৎলিবা জগৎশিংবু শেম্বা মপু পরমেশ্বর ভগবান্ করিনো হায়বদু শম্পৃৎনা ঐনা ব্যাখ্যা তৌরে। সৎ অমসুং অসৎনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক্কী থোরকফম হরি নত্তনা অতৈ অমা লৈত্রে।

নৈনরোল

তুংকোইদবা ভৌতিক জগৎপু অমসুং মায়াবদ্ধ জীবশিংনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইনবা হোৎনরিবসি ঐখোয়না খঙবনিনা তুংকোইদবা জগৎসি ভগবান্গী বহিরঙ্গা শক্তিগী থবক্নি হায়না অমসুং হিংননবা হোৎনরিবা মায়াবদ্ধ জীবশিংসি পরমেশ্বর ভগবান্গী তটস্থা শক্তিনি হায়না ব্রহ্মাজিনা নারদদেবদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লম্মী। উরিবা লেংলি পাল্লিবা জগৎসিগী থোরকফমদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরি নত্তনা অতৈ অমা লৈত্তে। মবমদি শ্রীহরিদি থোরকফম পুম্নগী থোরকফম আদি হায়বদুনি। অদুম ওইনমক ভগবান্না মশাবু নির্ব্বিশেষ ওইনা য়েন্থোকই হায়বা নত্তে। বহিরঙ্গা শক্তিগা তটস্থা শক্তিগা অনীনা থেঙ্নায়নদুনা তৌরিবা থবকশিংদা ভগবান্না মশামক চোংশন্দুনা য়াওদে। ভগবদ্গীতাদা হায়রিবদি (৯।৪) মাগী শক্তিগী মতেঙনা মফম খুদিংমক্তা শরা-শন্দুনা লৈ। উরিবা পোৎ খুদিংমক মাগী শক্তিগী মপান তাংবা ঙাক্নি, অদুগা ভগবান মহাক্তি করিগুম্বা অমতগী থবক য়াঙরুবা লৈতে। শক্তিগা শক্তি মপুগা অনীসি মতম অমতদা অমতসু ওই অদুগা থেনসু থেম্নে।

অরাবগী মদুম ওইবা জগৎসি সৃষ্টি তৌবগীদমক কনামতনা ভগবান্বু দোষ তৌবা য়াদে। মদুদি কনামতনা কৈশুমশঙ থম্বগীদমক সরকারবু দোষ পীদবগুম পীরোইদৌবনি। সরকার অমা লৈ্তবদি সরকারগী আইন ইন্দবা মীশিং ফাজন্দুনা থম্নবা কৈশুমশঙ লৈফম থোকয়ি। মতৌ অদুগুম্না অৱাবনা থল্লবা প্রাকৃত জগৎ ভগবান্না মতম কুইদবগী ওইনা শেম্বগী মরমদি ভগবানবু কাউগ্রবা

অছুনা অসৎ জগৎসিবু খুদ্‌ম চন্নবা হোৎনরিবা মখোয়দুগীদমক্তনি। অদুম ওইনমক পতিত জীব-শিংসিবু পাবন (লৌখৎপা) তৌদুনা মনাক্তা পুখৎনবগীদমক খোয়রাওবদি ভগবান্না তৌদবা নত্তে। মদুগীদমক ধর্ম্মশাস্ত্রশিং পীবিদুনা, অদুগা মাগী প্রতিনিধি পীবিদুনা অমসুং মশামক কৃমথরক্তুনা জীবশিংনা উদ্ধার ফংনবগী তাঙ্গা মহাক্তা পীনবিরি। মহাক মশামক্তা প্রাকৃত জগৎসিদা আসক্ত ওইদবা মবম্না মাগী সৃষ্টিগীদমক মাবু দোষ পীফম থোক্তে।

শ্লোক ৫১

**ইদং ভাগবতং নাম যন্মে ভগবতোদিতম্।**
**সংগ্রহোঽয়ং বিভূতীনাং ত্বমেতদ্ বিপুলীকুরু ॥ ৫১ ॥**

ইদম্—অসি; ভাগবতম্ ভাগবত শাস্ত্র; নাম—কৌবা; যৎ—মদু; মে—ঐঙোন্দা; ভগবতা—ভগবান্না; উদিতম্—হাযখিবনি; সংগ্রহঃ—খোমজনবা; অয়ম্—মসি, বিভূতীনাম্—বিভূতিশিংগী হায়বদি অংশ-কলাবতারশিংগী; ত্বম্—নহাক; এতৎ—অসিবু; বিপুলীকুরু—শন্দোকউ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নারদ, ভগবানগী তত্ত্ব তাকপা শ্রীমৎ-ভাগবতম্ অসি ভগবান্না ঐঙোন্দা শমজিন্না তাবখিবনি অদুগা মসি মাগী বিভূতি পুম্নমক্কী খোমজনবা গ্রন্থনি। মসিবু নহাক পাক শন্না শন্দোক্লে।।

নৈনরোল

ভগবান্না শ্লোক খবদং ওইনা তাক্লপা ভগবানগী তত্ত্ব ওইবা লাইবীক্তি ভাগবত হায়বসি। শ্লোকশিংদু মতুংদা থেংনগনি। অদুনা ভাগবতসি ভগবানগী শক্তি পুবা প্রোংনিংনি। মহাক্তি অদ্বয়তত্ত্বনিনা ভগবানগী তত্ত্বশাস্ত্র ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতমগা কবিমতা খেন্দে। ভগবানগী তত্ত্বসি ব্রহ্মাজিনা ভগবানমক্তগী ফংবনি অদুগা মসি মহাক্তা নারদদা পীখিবনি, অদুদগী নারদনা ব্যাসদেবদা শন্দোক্লা লেংথোক্লবগীদমক য়াথং তাউথখি। পবমেশ্বর হরিগী দিব্য ওইবা জ্ঞান অসি মীওইবগী লন্নাই রাথন্না পুথোরকপা পোৎ নত্তে, মসিদি মক্তুবা, নিতা ওইরবা, প্রাকৃত গুণশিংগী বা মদা লৈবা অশোয়-অঙাম য়াওদবা পোৎনি। মংমসিনা ভাগবত পুরাণ অসি দিব্য শব্দগী খোনগী মন্ত্র ওইনা থোরকপা ভগবানগী অবতার-মক্তি। মসিবু ফংবা তারবদি ভগবানগী প্রতিনিধি ওইবদগী মথং মনাও নাইনা পীথনবকপা মতুং ইন্না ফংননবা তৌগদবনি। মদুদি ব্রহ্মানা ভগবান্দগী, ব্রহ্মাদগী নারদনা, নারদমুনিদগী ব্যাসদেবনা; ব্যাসদেবদগী শুকদেব গোস্বামীনা, শুকদেব গোস্বামীদগী সূত গোস্বামীনা মথঙ মথঙ ফংনরকপগুম পীনদৌবনি। বেদ পামেলগী মমল ফারবা হৈরাং অসি বাংলবা উশাদগী সৈবাক্তা খংবেল কেল্লগা কায়তোইবগুম্বা নৎত্রবা খুৎথাঙ যৈনা থাদনরকপা উহৈনি। মরমসিনা ভগবৎতত্ত্বগী জ্ঞানসি মথক্তা পনথ্রিবা গুরু-শিষ্য নাইনা মথঙ মথঙ লাকপা অশেঙবা প্রতিনিধিগী মকমদগী নাকোঙনা তাবা নৎত্রগদি ভগবৎ-তত্ত্ব খঙবদি রানা থোক্তনি। ভাবোকশিংগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক পাঠ তৌবা শেন্দানবা পাঠকশিংদগী ভাগবত শ্রবণ তৌক্তদে।

শ্লোক ৫২

**যথা হরৌ ভগবতি নৃণাং ভক্তির্ভবিষ্যতি।**
**সর্ব্বাত্মন্যখিলাধারে ইতি সঙ্কল্প্যবর্ণয় ॥ ৫২ ॥**

যথা—অসুম্না; হরৌ—হরিদা; ভগবতি—ভগবান্দা; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; ভক্তিঃ—সেবা; ভবিষ্যতি—ওইগনি; সর্ব্বত্মানি—পুম্নমক্কী আত্মা ওইবদা; অখিলাধারে—পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবদা, ইতি—অসুম্না; সঙ্কল্প্য—তৌগে হায়বা অমা য়াওনা চপ লেপতুনা; বর্ণয়—বর্ণন তৌও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সর্ব্বাত্মা ওইবা অমসুং পুম্নমক্কী তুঙফম ওইবা শ্রীহরিদা মীওইবশিংগী ভক্তি পোকপা য়াননবা মওংদা তৌরগে হায়বগা লোয়নন। ভাগবতসি বর্ণন তৌও।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি ভক্তিগী দর্শন-শাস্ত্রনি অদুগা মীওইবগা ভগবান্‌গা অনীগী মরক্তা লৈব। সম্বন্ধ্দু বৈজ্ঞানিক ওইনা তাকপা লাইরীক্নি। কলিযুগগী মমাঙদদি ভগবানবু অমসুং মাগী শক্তিশিংবু খঙননবা লাইরীক লৈত্রবসু য়ারম্মী। অদুবু কলিযুগ হৌরকপগা লোয়নননা মীওইবগী সমাজসি পাপ কর্ম্ম মরিথক্লা হায়বদি মুপীগা বে-আইনি সম্বন্ধ থম্না, নেশা চাবা, জুৱা শান্নবা, অমসুং মবম চাদবা মওংদা জীব হাৎপনচিংবা পাপ কর্ম্মশিংসিনা অসুম অসুম লাকশল্লকয়ি। অসিগুম্বা পাপ-কর্ম্মগী মরুশিংসিনা মরম ওইদুনা মীওইবনা মাগা ভগবান্‌গা লৈনরিবা সম্বন্ধদু কাউথোক্লে। মরমসিনা মীওইবনা মীৎ-তাঙবগুম্না পুন্সিগী চরম লক্ষ্য (পান্দম) করিনো হাযবা উদ্রে। পুন্সীগী চরম লক্ষ্যদি শা-ঙাগুম্না দাযিত্ব-খঙদবা পুন্সি লেনবা নত্তে অমসুং জীব-ধর্ম্ম মবি হায়বদি চাবা, তুম্না, কিবা অমসুং পাদোঙনবা হায়বদি থম্না লৈবা মওংদা ওইরবসু তৌগদবা নত্তে। অসিগুম্না খঙদবা কৌবা অমম্বদা লৈদুনা মীৎ-তাঙলবা মীওইবগী সমাজগীদমক শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি মীৎযেং চুম্না য়েংহন্নবগীদমক লৈবা মৈরানি। মবমসিনা ভাগবতম্‌সি মকোক হৌবদগী হায়বদি প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি হৌবদগী বর্ণন্ তৌগদবনি।

মমাঙদা হান্নবা হায়খ্রে, শ্রীমদ্ভাগবতমসি কযামৃব বৈজ্ঞানিক ওইনা লেংলম্বগে হাযববু মহাবিদ্যা-সিগী থম্মোই শেংবা বিদ্যার্থী অমনা পূক্নীং চঙনা লাইরীকসিবু পারগা নংত্রগা অহৈবা পাঠক অমগী মফমদগী শ্রবণ চাং নাইনা তৌরগা ভগবত্তত্ত্ব খঙবা ঙমগনি। মী খুদিংমক পুন্সিদা নুংঙাইবা পাম্লিবনি, অদুবু যুগ অসিদদি মানব সমাজগী মী খুদিংমক্তা থঙদবদগী পরমেশ্বর ভগবান্না থোবকফম পুম্বগী থোরকযম ওইবনা (জন্মাদি অস্য যতঃ) নুঙাইবা পুম্নমক্কী তুঙফম্নি হায়বসি চপচানা উদে। অপন-অরাক যাওদবা মপুঙ-যাবা নুংঙাইবা হাযবদুদি ভগবান্‌গা ভক্তিযোগদা সম্বন্ধ লৈনরগদা ফংগদবনি। ভগবানগা সঙ্গ তৌরগদা অরাবগী সংসাব ঈপাক অসি লান্থোকপা ঙমগদৌরিবনি। সংসারগী ভোগ তাল্লিবা মীতাশিংসু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মকম থূপ্পা য়াই, অদুম তৌবনা মমৈদা মমৈদদি সংসার লান্থোকপা ঙমগনি। মবমসিনা নারদগী গুরুনা মঙোন্দা ভাগবতম্ অসি ফজবা মওং অমদা পুথোক্নবা হায়খিবনি। হিংনবা পান্দৈগী শেন্দান ওইনা ভাগবতধর্ম্ম প্রচার তৌ হাযনা নাবদদা হায়খিবা লৈতে। মাগী গুরুনা মঙোন্দা থবকসি প্রচারগীদমক্তা পাযখৎকদবনি হাযনা নারদদা তাকখি।

শ্লোক ৫৩

**মায়াং বর্ণয়তোঽমুষ্য ঈশ্বরস্যানুমোদতঃ।**
**শৃণ্বতঃ শ্রদ্ধয়া নিত্যং মায়য়াত্মা ন মুহ্যতি ॥ ৫৩ ॥**

মায়াং—বহিবঙ্গ মায়াবু; বর্ণযতঃ—বর্ণন তৌদুনা; অমুষ্য—মহাক্কী (ভগবান্‌গী), ঈশ্বরস্য—ঈশ্বরগী; অনুমোদতঃ—য়ারবা; শৃণ্বতঃ—শ্রবণ তৌরবা; শ্রদ্ধয়া—থাজবগা য়াওনা; নিত্যম্—মতম পুম্বদা; মায়য়া- মায়ানা, আত্মা—জীবাত্মানা, ন—নত্তে, মুহ্যতি—শুম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টিনচিংবা লীলাসি মাযাগা সম্বন্ধ লৈরবসু ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈবা মরম্না নির্গুণী হায়বদি প্রাকৃত নত্তে। মসিবু য়ারিবা, থাজবগা লোয়ননা নিতিগী শ্রবণ তৌরিবা মী মহাক্কী আত্মাবু মায়ানা শুমহৎপা ঙমদে।

## নৈনরোল

করিগুম্বা বিষয় অমা চানন হৈননবা বিদ্যাদি ধর্ম্মান্ধশিংগী (মা মাগী ধর্ম্মতত্ত্ব উবা মীতাগী) পূকচেন্দগী খেম্মৈ। ধর্ম্মান্ধশিং হায়বদি খঙদবশিংনা ভগবান্না মাগী বহিরঙ্গা শক্তিগা লোয়ননা শান্নবা মাগী লীলাশিংবু মখোয়গী মফমদদি কন্নিস্ত কান্নদবনি হায়না থল্লী অদুগা ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গা শক্তিদা মখোয় য়াওন্নিবনি হায়না শেন্নান্নবা হায়; অদুবু থাজৈমক শেংনা হায়রগদি বহিরঙ্গা অমসুং অন্তরঙ্গ শক্তিগা লোয়ননা তৌন্নিবা ভগবৎ-লীলাশিংদি অনীমক মঙ্গলগী মশক্তি। অমরোমদনা, ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা শক্তি মায়া-লাংদগী মপুং ফানা নাম্থোকপা ওমদ্রিবা মীতাশিংদি ভগবান্না বহিরঙ্গা শক্তিগা লোয়ননা শান্নরিবা লীলাশিংগী মরমদা চাংনাইনা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রবণ তৌগদৌবনি। মখোয়না ইপঙ-পঙনা অন্তরঙ্গা শক্তিগা লোয়ননা শান্নবা লীলাশিংঁদুদা ফন চোংথৎতুনা চঙগদবা নত্তে, হায়বদি ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গা শক্তিগা লোয়ননা শান্নবা রাসলীলাগুম্বা লীলানা শেন্নান্নবা মখোয়বু চিংশনবদু তৌহল্লোইদৌবনি। মগুণ-লৈতবা ভাগবত পাঠকশিংনা ভগবানগী অন্তরঙ্গা শক্তিগা লোয়নবা লীলাশিংগী মরমদা থবাই য়াওশল্লী অমসুং ভক্ত শাশন্নবা মীতাশিংনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা লুপ্নগা শেন্নান্নবা মুক্তাত্মাশিংগী থাক্তা কাখৎকদৌবগী তৌয়ি, অদুনা মখোয়না থোইনা হেন্না বহিরঙ্গা শক্তিগী থয়াত্তা তাহল্লি।

মখোয় থরনা খল্লিবদি ভগবানগী লীলা শ্রবণ তৌবা হায়বদুদি ভগবান্না গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নবা লীলা অমদি মহাক্না গোবর্দ্ধন থাজৎপগী লীলাগুম্বা লীলাশিংবু শ্রবণ তৌগদবনি হায়বসিনি অদুগা ভগবান্‌গী পুরুষ-অবতারশিং অমসুং মখোয়না তৌবা সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়গী লীলাশিংদুদি শ্রবণ তৌবদ্রবসু য়াই হায়বসিনি। অদুবু বিশুদ্ধ ভক্তনদি ভগবানগী রাসলীলাগা অমদি সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়গী লীলাগা খেন্নবা লৈতে হায়বা মুম্না খঙভী। ভগবান্না পুরুষাবতার ওইবগা শান্নখিবা লীলাশিংদুনদুম মায়া-লাংদা খুরবা মীওইশিংনা শ্রবণ তৌনবা ওইন্নিবনি। রাসলীলাগুম্বা বিষয়শিংদি মুক্তাত্মাশিংগীনি মায়াবদ্ধ জীবশিংগী নত্তে। মরমসিনা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা ভগবান্না বহিরঙ্গা শক্তিগা লোয়ননা শান্নবা লীলাশিংদু ভাব তানা অমদি ভক্তি য়াওনা শ্রবণ তৌগদবনি; অসুম্না তাবসি মুক্ত ওইবা মতাঙদা রাসলীলা তাবগুম্না মঙ্গলগী মশক ওইবদা চপ মান্নৈ। মায়াবদ্ধ জীবনা মুক্তাত্মাশিংগী মতৌ তমফদে। ভগবান শ্রীচৈতন্যনা মীচমশিংগা লোয়নমা রাসলীলা শ্রবণ তৌরমদে।

শ্রীমদ্ভাগবত হায়বা ভগবৎ বিজ্ঞাসিদা অহানবা স্কন্ধ মাপন্দুদা দশম (তরাশুবা) স্কন্ধ শ্রবণ তৌনবগী য়ুম্ফম্নি। রাকমসি নৈনরিবা স্কন্ধসিগী অরোইবা অধ্যায়দা অমুক্না হেন্না ব্যাখ্যা তৌরকখিগনি। অদুমশুবা স্কন্ধদনা অমুক হেন্না ফোংনা হায়রকখিগনি। মরমসিনা শুদ্ধ ভক্ত অমনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ নৎত্রগা শ্রবণ তৌবা হৌবদি মকোক্তগী হৌগদবনি দশমদগী হৌগদবা নত্তে। ভক্ত থরনা দশম স্কন্ধ খুদক্তা পায়খৎলো হায়না ঐখোয়দা তাকপী, অদুবু ঐখোয় মখোয়না হায়বদু তৌদ্রে মরমদি ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ভগবতত্ত্ব খঙনবা বিজ্ঞা ওইনা পুথোকনিঙভী, মায়াবদ্ধ জীবশিংনা ইন্দ্রিয়গী মরম ওইনা খঙনবা নত্তে। শ্রীব্রহ্মাজিনচিংবা মহাজনশিংনা মদুম্না তৌগমু হায়না খিঙভী। বিচারগা লোয়ননা পুথোরকপা পোৎ অমা ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু পাঠ নৎত্রগা শ্রবণ তৌরগা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা ইন্দ্রিয় পেন্নবগা মরী লৈনবা মায়াদগী লা.স্থাবরুবা মতুঙদা দিব্য জ্ঞানগী থাক অহেনবা অদুদা অসুম অসুম কাখৎলক্কনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অনিশুবা স্কন্ধদা 'মথঙ মনাও নাইনা তৌরকপা ভগবান্‌গী অবতারশিং' কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

—❋—

# মহারাজ পরীক্ষিৎকী রাহংশিং

শ্লোক ১

রাজোবাচ

ব্রহ্মণা চোদিতো ব্রহ্মন্ গুণাখ্যানেঽগুণস্য চ।
যস্মৈ যস্মৈ যথা প্রাহ নারদো দেবদর্শনঃ ॥১॥

রাজা—নিংথৌনা; উবাচ—হংলম্মী; ব্রহ্মণা—ব্রহ্মামা; চোদিতঃ—ইন্‌সল্লম্বনা; ব্রহ্মণ্—হে ব্রাহ্মণ (শুকদেব গোস্বামী); গুণ-আখ্যনে—দিব্যগুণশিং শীঙথাবদা; অগুণস্য—প্রাকৃতগুণগী রাংমদা লৈবা ভগবান্‌গী; চ—অমসুং; যস্মৈ যস্মৈ—মঙোন-মঙোন্দা; যথা—গুম্না; প্রাহ—হায়রম্মী; নারদঃ—নারদ মুনি; দেবদর্শনঃ—দেবতাশিংগুম্না উরবা মহাক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরীক্ষিৎ মহারাজনা শুকদেব গোস্বামীদা হংগৎলম্মী—ব্রহ্মানা ইনসল্লম্বনা নারদ মুনিনা করম্না প্রাকৃতগুণগী রাংমদা লৈবা (নিগুর্ণ) শ্রীহরি দিব্য গুণশিং শীঙথারম্বগে অমসুং কনা কনাদা হায়রম্বগে?

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবাননা হকথেংননা তাকপীরম্লবা ব্রহ্মা অদুমক্না দেবর্ষি নারদদসু তাকপীরম্মী; মরমদুনা নারদ মুনিনা তাক্লম্বা পাউতাকশিংদু ভগবানক্না তাক্লম্বা পাউতাক্না চপ মান্নে। বৈদিক জ্ঞান থঙনবগী মতৌদি অদুনি। পাউতাক অদু ভগবান্দগী গুরুশিষ্য পরম্পরা মতুং ইন্না তাউথরকপনি, অমসুং দিব্য জ্ঞান অসি পরম্পরা ওইনা জগৎপুম্বদা শন্দোকখিবনি। মনোধর্মীশিংগী মফমদগী বৈদিক জ্ঞান ফংনবগী তানজা লৈতে। মরমদুনা নারদ-না য়োৌক্ল য়োৌক্লবা মফমদা মহাক মহামক ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি হায়জে অদুনা নারদ মুনি য়োৌরকপদি ভগবানক্না য়োৌরকপগুম্বনি। মতৌ অসুম্না, পাউতাকসি চপচানা ইন্ব। গুরুশিষ্যগী পরম্পরানা অশেঙবা পরম্পরানি। দীক্ষা গুরুবা নত্তবা হায়বা চাংয়েংবদি মথং মনাও নাইরকপা গুরুদুনা তাকপা রাগা ভগবান্না মাগী ভক্তদা তাকখিবা রাগা থেন্নদ্রবদা দীক্ষাগুরুদু অশেঙবনি হায়বা থঙগদবনি। নারদ মুনিনা ভগবান্‌গী তত্ত্বকথাদু করম্না তাকখি হায়বদু তুংদা লাক্কদবা স্কন্ধশিংদা ব্যাখ্যা তৌরকখিমি।

ভগবান্দি সৃষ্টিগী মমাঙদগী লৈরক্লবনিনা মহাক্কী দিব্য নাম গুণচিংবদু প্রাকৃত গুণ অমত্তা নত্তে হায়বসু উরগনি। মরমসিনা ভগবানবু অগুণ ওই হায়বা মফম মফমদুদা থঙনগদবদি ভগবান্‌গী গুণ লৈতে হায়বা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা প্রাকৃতগুণ সত্ত্ব-রজ-তম হায়বদু বদ্ধজীবশিংদা চঙবগুম্না চঙদে হায়বনি হায়না থঙনগদবনি। ভগবান্দা প্রাকৃত ওইবা করিমত্তা চঙদে অদুনা মহাক অগুণ ওইবনি।

শ্লোক ২

**এতদ্ বেদিতুমিচ্ছামি তত্ত্বং তত্ত্ববিদাং বর ।**
**হরেরদ্ভুতবীর্য্যস্য কথা লোকসুমঙ্গলাঃ ॥২॥**

এতৎ—মসি; বেদিতুম্—খঙবা; ইচ্ছামি—ঐ পামজৈ; তত্ত্বম্—অওইবদু; তত্ত্ববিদাম্—তত্ত্বখঙব-শিংগী; বর—হে অথোইবা; হরেঃ—হরিগী; অদ্ভুতবীর্য্যস্য—অঙকপা শক্তিচেনবা মাগী; কথা—ৱারী; লোক—লোক পুম্নমক্কী; সুমঙ্গলাঃ—য়াইফনবগী মশক ওইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা হায়রম্মী—তত্ত্ব-খঙবা মীশিংনা খঙবা তত্ত্ব অসি ঐহাক খঙনীংঙী। অঙকপা থৌদৌনা মাগী ওইরিবা অদুগুম্বা শ্রীহরিগী ৱারীদি লোক পুম্নমক্কী য়াইফনবনি ।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌গী কথা ভাক্ত ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতম অসি লোক খুদিংমক্তা লৈরিবা জীবা পুম্নমক্কীদি য়াইফনবগী মশক্নি। লাইরীক অসিবু থোইদোকপা সম্প্রদায় অমথক্কী লৈবা লাইরীক্তি হায়রবদি মত্তু লাল্লবনি । শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি তশেংনমক ভগবদ্ভক্ত পুম্নমক্কী ওইরিবা মমন্নাইবা শাস্ত্রনি। অদুবু মসি ভক্ত-নত্তবশিংগীসু য়াইফনবা মশক্নি মরমদি মায়াবদ্ধ ওইরিবা ভক্ত নত্তবা মীতাশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ তৌবদা ভক্তি য়াওনা অমসুং পুক্নীং চঙনা গুরু-শিষ্য পরম্পরা নাইরকপা পাঠক অমদগী শ্রবণ তৌরবদি মায়া লাংদগী নাম্থোকপা ঙমগনি হায়বসে লাইরীকসিনা তাকয়ি।

শ্লোক ৩

**কথয়স্ব মহাভাগ যথাহমখিলাত্মনি।**
**কৃষ্ণে নিবেশ্য নিঃসঙ্গং মনস্ত্যক্ষ্যে কলেবরম্ ॥ ৩ ॥**

কথয়স্ব—লীথবিয়ু; মহাভাগ—হে লাইবক য়াম্না ফবা; যথা—মত্তুনা; অহম্—ঐনা; অখিল-আত্মনি—পরমেশ্বর ভগবান্দা; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা; নিবেশ্য—চঙহন্দুনা; নিঃসঙ্গম—মায়িক গুণ চেন্দ্রবা; মনঃ—পুক্নীং: তক্ষ্যে—থাদোক্কনি; কলেবরম্—হক্‌চাঙবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে য়াম্না লাইবক-ফবা শুকদেব গোস্বামী! পুম্নমক্কী আত্মা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা মায়িক সঙ্গ লৈত্রবা পুক্নীং থিংজল্লগা ঐনা হকচাঙ থাদোকপা ঙম্নবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ৱারীদু লীথবিয়ু।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা য়াওরিবা দিব্য-কথাদু শ্রবণ তৌবদা পুক্নীং পুল্লপ লুপ্পগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা মতম পুম্নমক্তা সঙ্গ তৌবা হায়বদুনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা মতম পুম্বদা সঙ্গ তৌবা হায়বদুগী অর্থদি মায়িক গুণশিংদগী মুক্ত ওইবা হায়বনি। শ্রীকৃষ্ণনা সুমীংকুপ্পনি অদুগা মায়ানা অমম্বগুম্বনি। সুমীং থোরক্কপদা অমম্বনা মাঙখিবগুম কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণগা মতম পুম্বদা সঙ্গ তৌরবদি মদুনা মহাকপু মায়াদগী মুক্ত ওইগনী। মায়িক গুণা মোৎহল্লবদি মতুনা হন্না হন্না পোকপা শিবগী মরম ওইগদবনি; অদুগা মায়িক গুণশিংদগী লাম্থোক্লবদি চিন্ময় ভাব অমদা লৈবা হায়বদুনি। অসিগুম্বা মুক্তি-ভাব অমনা মহারাজ পরীক্ষিৎ শুকদেব গোস্বামীগী কৃপাদগী মুক্ত ওইরম্লবনি, মরমদি শুকদেব গোস্বামীনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা পুন্সীগী খ্বাইদগী ৱাংবা সিদ্ধি হায়বদুদি পুন্সীগী অরোয়বা

মতাঙদা নারায়ণবু নীংশিংবা হায়বহুনা ওইরিবনি হায়না তাকখিয়রমী। পরীক্ষিৎ মহারাজ মুমীৎ তরেৎনি শুরকপদা দেহ থাদোক্কদৌরিবনি, মরমহুনা মহাক্না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী রারীশিংছু শ্রবণ তৌহুনা ভগবান্‌গা সঙ্গ তৌহুনা ভগবান্‌বু নিংশিংহুনা লৈথরগে অহুগা পরমাত্মা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী রাখনগা লোয়ননা মাগী দেহ অহু থাদোক্লবা লৈরগে হায়না পুক্নীং চপ লেপখি।

শেন্দানবা পাঠক অমগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগা পরীক্ষিৎ মহারাজনা শ্রবণ তৌবগা খেন্নৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎতি পরমেশ্বর ভগবান্ অদ্বয় তত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণবু উপলব্ধি তৌরবা আত্মানি। সকাম সংসারীদি আত্মা উপলব্ধি তৌদে; মহাক্তি ভাগবত শ্রবণ তৌরগা মায়িক ওইবা ফল পাম্মী। চিংনবা লৈতনা হায়বা য়াই, শেন্দানবা পাঠকশিংগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী শ্রোতাশিংনা মায়িক বাসনা থুংবা য়াই, অহুবু অহুগুম্বা ভাগবত সপ্তাহ শ্রবণ তৌবনি হায়শল্লবহুনদি মহারাজ পরীক্ষিৎকী শ্রবণ অহু ওইবা য়ারোই।

আত্মা উপলব্ধি তৌরবা মী অমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবা অহুগা শেন্দানবা মীতানা তৌশল্লহুনা পাঠ তৌরকপদা শ্রবণ তৌকদবা অহুনা বুদ্ধি লৈবা মীগী মথৌনি। অসুম্না শ্রবণ তৌবসি পুন্সি লোয়বা ফাওবা তৌথগদবান, কবিনা মহুম তৌরগদি ভগবান্‌গা চিন্ময় সঙ্গ তৌবা তশেংনা ফংগনি অহুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবতনা মুক্তি ফংগনি।

মহারাজ পরীক্ষিৎতু মহাক্কী রাজ্য অমসুং পরিবারগা লৈরম্বা সম্বন্ধ পুম্নমক থাদোক্লম্লে, হায়রিবা অনীসি থ্বাইদগী হেন্না পুক্নাং চিংশল্লগাই ওইবা পোত্নানি, অহুমক্কদা মহাক মহাক্কী হকচাঙহুদি মাগী ওন্নরি হায়রবা খল্লমী। অসিগুম্বা দৈহিক বন্ধনসু ভগবানগা লেপ্পুনা সঙ্গ তৌহুনা নাম্মোকপা মহাক্না পাম্লমী।

শ্লোক ৪

**শৃণ্বতঃ শ্রদ্ধয়া নিত্যং গৃণতশ্চ স্বচেষ্টিতম্।**
**কালেন নাতিদীর্ঘেণ ভগবান্ বিশতে হৃদি ॥ ৪ ॥**

শৃণ্বতঃ—শ্রবণ তৌরিবা মীগী, শ্রদ্ধয়া—থাজবগা লোয়ননা; নিত্যম্—মতম পুম্নমক্তা, চাংনাইনা; গৃণতঃ—শোল্লিবা মীগী; চ অমসুং, স্বচেষ্টিতম্—ভগবান্ মশামক্কী থবকশিংবু; কালেন্—মতমদা; ন-অতিদীর্ঘেণ ইশাং শাংদনা, ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ; বিশতে—চঙভী; হৃদি—থম্মোইদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান শ্রীহরিগী সুমঙ্গলকথাবু শ্রদ্ধাগা (থাজবগা) লোয়ননা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌরিবা মীগী থম্মোইদা শ্রীহরিনা চঙকয়ি।

নৈনরোল

মমল হোঙবা ভক্তশিং হায়বদি সংসারী ওইবা ভক্তশিংনা চঙগদবা মগুণদি য়াওদনা ভগবান্‌বু হকথেংননা উজনীংঙী। অতোনবা থাক্কী ভক্তশিংনা খঙগদৌবনি মহুদি সংসারদা লৈবা আসক্তিগা ভগবান্‌বু দর্শন ফংবগা অনী পুনবা য়াদে। যন্ত্রী অমনা মাগী যন্ত্র চলাইবগুম্না শেন্দানবা ভাগবত পাঠক অমনা সংসারী ওইবা ভক্তমান্ অমদা ভগবান্‌বু দর্শন যংহনবা য়াবা নত্তে। মশিন ওইনা পাঠ তৌবা ভাগবত-পাঠকতি মতাঙ অসিদা করিমতা কান্নদবা জাৎনি মরমদি অহুগুম্বা পাঠকশিংদি আত্মা-উপলব্ধি তৌবা জাৎসু নত্তে অহুগা শ্রোতাশিংগী মুক্তিগী মরমদা খনবিবা মীতাসু নত্তে। মথোয়দি মথোয় মথোয়গী ইমুং ইমুং লিংনবদা হোৎনবা অহুগা পাঠ অহুনা মশিন ওইরগা শেন্দানবদা

হোৎনবা জাৎনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা হিংগদবসি মুমীৎ তরেৎনিদা ঙায়রম্রে, অদুবু মী খুদিংমক্না শ্রীমদ্ভাগবতম্ মতম পুম্বদা মরম্নাই হোৎনদুনা অমসুং থরায় য়াওনা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রবণ তৌগদবনি হায়না তাকপীরম্মী। মদুতনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থুনমক থম্মোইমুংদা দর্শন ফংবদা মতেং ওইগদবনি। ভক্তমানবা মীতানা শ্রীমদ্ভাগবতম্ চাং নাইনা শ্রবণ তৌননবা চাননা হোৎনবম্ তৌদনা অদুগা বৈরাগ্যম্ লৈতনা ভগবানবু উনীংবনা খোয়রাঙউী। মদুদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌখিবা অদুগা শ্রবণ তৌরগা কান্নবা ফংখিবা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা কনামতনা হায়রম্বা উপায় নত্তে।

শ্লোক ৫

**প্রবিষ্টঃ কর্ণরন্ধ্রেণ স্বানাং ভাবসরোরুহম্।**
**ধুনোতি শমলং কৃষ্ণঃ সলিলস্য যথা শরৎ ॥ ৫॥**

প্রবিষ্টঃ—অসুম্না চঙলবদা; কর্ণরন্ধ্রেণ—নাকোঙ মথুন্দা; স্বানাম্—ভক্তশিংগী; ভাব—স্বরূপ-সম্বন্ধ; সরোরুহম্—লৈরাং থম্বাল; ধুনোতি—চামথোকয়ি; শমলম্—অমোৎপা (অপাম্বা, অশাউবা, মিহৌবা অমসুং পামশিনবা); কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা; সলিলস্য—ইতুঙগী (অমোৎপা); যথা—গুম্না; শরৎ—শরৎ ঋতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ওইরকপা শব্দ অবতার (খোন ওইনা তৌবা অবতার হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতম্) ভক্তগী থম্মোই-মুংদা চঙঙী, চঙলগা প্রেমগী ওইবা সম্বন্ধগী থম্মোই-থম্বান্দা ফম্মী, অদুম্না লৈরগা মায়া-সঙ্গগী উৎফুল হায়বদি কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা) অমসুং লোভ (মিহৌবা) নচিংবা চামথোকয়ি। মতৌ অসুম্না মসিনা অনৈবা ঈশীংগী পুখ্রিশিংবু শরৎকী নোংনা লুহনবগুম তৌয়ি।

৷নৈনরোল

ভগবান্গী মপুক্নীং-শেংবা ভক্ত অমথক্তনা জগৎকী মায়া-লাংদা থুরবা মী পুম্নমকপু উদ্ধার তৌবা ঙম্মী। নারদগুম্বা নৎত্রগা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা শুদ্ধ ভক্তদা শ্রদ্ধা লৈরিবা অদুগা লৈবদুনা মঙোন্দা মাগী গুরুনা শক্তি হাপ্পিরবা (নারদদা ব্রহ্মাজিনা হাপ্পগুম্না) অদুগুম্বা মহাক্তি মশা মথন্তবু মায়াগী মথুক্তগী মুক্ত ওইহনবা ঙম্বদা নত্তনা জগৎ পুম্বব্ মাগী শুদ্ধ-ভক্তিনা ফংজবা পাঙ্গম্না উদ্ধার তৌবা ঙমগনি। তুঙলিবা অনৈবা লাইজবু লুহনবা শরৎকী নোংগা তৌরিবা উপমাসি চপ-চাবা অমনি। নোংজুথাদা তুরেনগী ঈশীং য়াম্না নৈ, অদুবু জুলাই-অগষ্ট থা হায়বা শরৎ ঋতুদা নোং থজিক্তুং চুরকপদুনা জগৎতা লৈরিবা তুরেনশিংগী ঈশীংদো পুঙলু লুথোরকয়ি। হীদাক খরা হাপচল্লগা সহরগী ঈশীং পীনবা থম্বা কোমফু অমবু লুহনবা ঙম্মী, অসুম্না খরদং হোৎনবসিনদি তুরেল পুম্নমকপু লুহনবা ঙম্বা নত্তে। অদুবু ভগবান্গী অশেঙবা শক্তি চেনবা ভক্ত অমনদি মহাক মথন্তবু উদ্ধার তৌবদা নত্তনা মাগা সঙ্গ তৌবা ময়াম পুম্ববু উদ্ধার তৌবা ঙম্মী।

রাহৈ অমরোমদা হায়রগা জ্ঞানযোগ হঠযোগনচিংবা পাম্বৈনা অমোৎপা থম্মোই শেংদোকপদি সাধক অদুমতগী থম্মোইবু শেংদোকপা ঙম্মী, ভগবান্গী ভক্তি সেবাদি কয়াম্নুক শক্তি চেনবগে হায়ববু শুদ্ধ ভক্ত অমতগী ভক্তি সেবা অদুতনা মীয়াম খিবিক্নী হুদি শেংদোকপা ঙম্মী। ভগবান্গী শুদ্ধচিত্ত ওইবা প্রতিনিধি অমনা হায়বদি নারদ, শুকদেব গোস্বামী, প্রভু চৈতন্য, গোস্বামী তরুক অদুগা তুংদা লাকপা শ্রীল ভক্তিবিনোদ ঠাকুর অমসুং শ্রীমদ্ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুরগুম্বদি মখোয়গী ভক্তি সেবাতনা পাম্বৈ ওইদুনা মী পুম্নমকপু উদ্ধার তৌবা ঙম্মী।

শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌনবা হৃদি শেংনা হোৎনবত্তনা কনাগুম্বনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর রসদা ভগবান্‌গা লৈনরিবা মাগী স্বরূপ সম্বন্ধতু উপলব্ধি তৌগি, অদুগা অসুম্না উপলব্ধি লৈরবা মতমদা মহাক্না ভগবান্‌গী প্রেম-সেবা তৌবা ঙম্মী। নারদগুম্বা শুদ্ধভক্তশিংদি আত্মা-উপলব্ধি তৌবদা নত্তনা মশাদা আধ্যাত্মিক ঈহৌ অমা লাকপমা অদুম মশা মথন্তনা প্রচারগী থবক্তা চঙশল্লী অদুগা মায়াবদ্ধ জীব কয়াবু লানবীথি। মখোয়না অদুক য়াম্না শক্তি চেনবগী মরমদি মখোয়না চাং নাইনা শ্রবণ অমসুং পূজন তৌদুনা ভাগবতম্‌গী নীতিবু পুক্নীং শেংনা ইনবননি। মসিগুম্বা থৌদোনা তুঙলম্বা মায়িক বাসনানচিংবা পুম্নমক থম্মোইমুংদা লৈরিবা অন্তর্যামী ভগবান্‌না কোকহনবী। ভগবান্দি জীবগী থম্মোইমুংদা মতম পুম্বদা লৈরিবনি অদুবু ভক্তগী ভক্তিসেবাতনা মহাক জীবগী হৃদিমুংদা লৈ হায়বসি ফোঙদোক্লকয়ি।

জ্ঞান যোগ অমসুং হঠযোগ সাধন তৌদুনা চিত্তশুদ্ধি তৌবদি মতম ঙাইহাক্কী ওইনা কনা কনাগুম্বগী কৈ হায়বদি য়াই, অদুবু মদুগুম্বা থবক্তি রসায়নগী হীদাক থাক্লগা ইচেন্নাইদবা ঈশীং খবদং শেংদোকপগুম্বনি। অসুম্না ঈশীং শেংদোকপদি মতম ঙাইহাক্কী থবক্তি অদুগা পাত্রগী মনীঙদা মথী ফমজিনবদু তুঙদুনা লৈ; অদুনা খজিক্তুং লেংলুবদা মথীদু তাউথৎলক্তুনা ঈশীং পুম্বদু মোৎহল্লী। য়া হায়ববু ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইদুনা ভগবান্‌বু সেবা তৌবনা মতম পুম্বগী ওইনা চিত্তশুদ্ধি তৌনবগী অমতা ঙায়বা পাম্বৈনি। অতৈ পাম্বৈশিংনদি মতম ঙাইহাক্কীদমক খরা কান্নবা য়াই অদুগা পুক্নীং খজিক্তুং লাংতক্নরকপদা চিন্তদু অমুক মোংলকপগী থুদোংথীবদু লৈ। ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইদুনা ভগবান্‌বু সেবা তৌবনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ চাংনাইনা অমসুং মতম পুম্বদা শ্রবণ তৌনবা থোইদোকপা পুক্নীং চঙবগা লোয়নরবদি মায়াগী মখুত্তগী নাম্বোক্লবগী খ্বাইদগী হেন্না ফবগী হায়নরিবা পাম্বৈনি।

শ্লোক ৬

ধৌতাত্মা পুরুষঃ কৃষ্ণপাদমূলং ন মুঞ্চতি।
মুক্তসর্ব্বপরিক্লেশঃ পান্থঃ স্বশরণং যথা॥ ৬॥

ধৌত-আত্মা—চিৎ শেংলবা; পুরুষঃ—মী; কৃষ্ণ—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; পাদমূলম্—খোঙ কৌবা উক্ন; ন—নত্তে; মুঞ্চতি—থাদোকয়ি; মুক্ত—লাম্বোক্লবা; সর্ব্ব—পুম্বা; পরিক্লেশঃ—পুন্সিগী অরাবা পুম্বা; পান্থঃ—লমকোয়বা মী; স্বশরণম্—লম্নাই মযুম; যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিযোগনা পাম্বৈ ওইদুনা চিৎশেংলবা ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙথম্বালবু কদৌঙৈদসু থাদোক্তে, মরমদি লমকোয়বা মী অমনা য়ানা কোয়রুরগা হল্লকপদা মযুম অমুক থাদোকনিংদবগুম কৃষ্ণগী খোঙ-থম্বালনা ভক্তদুবু পুঙপেন পেলহনব্রে।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী শুদ্ধভক্ত নত্তবা মীগী চিত্তি পুঙশেঙ শেংবা ঙমদে। মপুঙফানা চিৎশেংলবা মীদি ভগবান্‌গী ভক্তি-সেবা কদৌঙৈদসু থাদোক্তে। শ্রীমদ্ভাগবতম্ প্রচার তৌবদা ব্রহ্মাজিনা নারদদা য়াথংখিবগুম্না ভগবান্‌গী সেবা তৌবদা ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইবা প্রচারক অমনা ময়াম্না অরাবনি হায়রিবা অরাবা মখল কয়া থেংনৈ। অরাবা থেংনবসি শ্রীমৎনিত্যানন্দ প্রভুনা জগাই-মাধাই হায়বা পতিতজন অনীবু লান্‌বিরমদায়দা উৎখিবদুনি। মতৌ অদুগুম্না যীশু খৃষ্টবুসু নাস্তিকশিংনা

ক্রোমদা ফক্লাং চনখিবহনি। অদুবু অসিগুম্বা অৱাবদি ভক্ত প্রচারকশিংনা হয়াও হয়াওনা অদুম থাঙখি, মরমদি অসিগুম্বা থোদোশিংসে উবদদি য়াম্না শাথিবা ওইনা থোক্লবস্থু ভগবদ্ভক্তশিং-নদি ভগবান্না পেল্লিকো হায়দুনা দিব্য আনন্দ অমা ফংঙী। প্রহ্লাদ মহারাজস্থু অৱাবা কয়া ফংখি, অদুম ওইনমক মহাক কনৌজেন্দস্থু ভগবান্গী খোঙ-থম্বান্দো শূকাউ কাউরমদে। মসিগী মরমদি ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তদি কয়ামূক চিং শেংবগে হায়ববু মহাক ফীভম-মতম খুদিংমক্তা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী আশ্রয়দু থাদোক্লমদে। অসিগুম্বা সেবা তৌবদা মছা মছাগী ওইজবা অমতা থিদে। জ্ঞানীশিংনা জ্ঞানযোগনা পাম্বে ওইদুনা তৌরিবা সাধন্ অদুগা হঠযোগীশিংনা হকচাঙ শাজেম্না পাম্বে ওইদুনা তৌরিবা সাধনগী চাওখৎ-খোঙথাংদুদি সাধকশিংদুনা মমৈদা পাম্বেশিংদো থাদোকয়ি, অদুগা ভগবদ্ভক্তদি ভগবান্গী সেবাদো থক থাদোক্কে, মরমদি ভক্তদুবু মাগী গুরুনা সেবা থাদোকফদে হায়না তাকপী। নারদ অমস্থুং নিত্যানন্দগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংনা দীক্ষাগুরুগী ময়াথঙবু পুন্সিগী চেঙজেম্নি হায়না লৌয়ি। মপুন্সিগী তুংদা করি ওইনি হায়বগী চিন্তা লৈতে। য়াথংদু মথকথোংবদগী হায়বদি ভগবান্গী প্রতিনিধিদগী নৎত্রগা ভগবান্নক্তদগী লাবপনিনা ৱাকমদু য়াম্না লুনা ভক্তশিংনা লৌয়ি।

মফমসিদা উৎলিবা খুদমসি চপ চাবা অমনি। লমকোইবা অমনা লন্ তান্বনি হায়দুনা লমদম তাম্না চৎনবা ময়ুম থাদোকয়ি। মহাক্না করিগুম্বদা উমঙদা চৎলী, করিগুম্বদা সমুদ্র লাল্লী অদুগা করিগুম্বদা চীঙদোন কাদুনা চৎলী। অসিগুম্বা হান্নরা খঙদবা লমদমশিংদা চৎপা মতমদা অৱাবা কোঙ্গাইমা থেংনৈ। অদুবু অৱাবশিংসে ময়ুমগী মীশিংবু মুংশিবগী ৱা হেক নীংশীঙবদা খুদক্তা কোকয়ি। মানা য়ুমদা হেক হল্লকপগা লক্ষ্মীগী অৱাবা পূম্বসে পূমকাউ কাউয়ি। ভগবানগী শুদ্ধভক্তদি ভগবান্গা লৈনরিবা সম্বন্ধদু ইমুং-মনুংগী লৈনবিবা সম্বন্ধগুম্বনি। মরমদুনা ভগবান্গা প্রেমসম্বন্ধ অমা মপুঙফানা লৈবা মরম্না ভক্তদুনা মাগী মথৌ পাঙথোক্নবা তৌবদা করিমত। হন্বা লৈতে।

শ্লোক ৭

**যদধাতুমতো ব্রহ্মন্ দেহারম্ভোঽস্য ধাতুভিঃ।**
**যদৃচ্ছয়া হেতুনা বা ভবন্তো জানতে যথা ॥ ৭ ॥**

যৎ—মদু; অধাতু-মতঃ পঞ্চভূতকা মরী লৈনদবা; ব্রহ্মন্—ওহে ব্রাহ্মণ; দেহ—প্রাকৃত ওইবা হকচাঙ, আরম্ভঃ—হৌগৎলকপা; অস্য—জীবগী; ধাতুভিঃ—ভূতশিংনা; যদৃচ্ছয়া—মরম্নাই ওইনা, মরম য়াওদবমখৈ, হেতুনা—করিগুম্বা মরম্না, বা—নৎত্রগা; ভবন্তঃ—অদোম্না; জানতে—খঙঙী, যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খঙ-হৈরবা ব্রাহ্মণ, চিন্ময় ওইবা আত্মাদি ভৌতিক দেহগা থেম্নৈ। আত্মানা দেহ ফংবসি থোরক-ফম য়াওদবমখৈ মরম্নাই হেক্তা থোরবপরা নৎত্রগা থোরকফম্ (কারণ) অমা লৈবরা? ৱাযমসি অদোমদি খঙঙী; অদুনা খরা তাকপীয়ু।

নৈনৱোল

মহারাজ পরীক্ষিৎতি ফিদম্নফম ভক্ত অমনিনা গুরু-শিষ্য পরম্পরা লাকপা ব্রহ্মাগী প্রতিনিধি অমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী কাম্নবদুদা খঙলগা পেম্বোক্লুনা লৈরমদে, মহাক্না শ্রীমদ্ভাগবতম্গী দার্শনিক ভিত্তি (যুক্তম) অমা থম্বা য়াম্না পাম্নমী। শ্রীমদ্ভাগবতম্দি পরমেশ্বর ভগবান্গী পরবিদ্যানি,

মরমদুনা মথরাই-য়াওবা বিদ্যার্থী অমগী মপুরুংদা থোরকপা ৱাহং পুম্নমক মহাজনশিংগী বচনশিংনা শেংনা খুমদবা য়াদবনি। ভক্তি যোগগী মী অমনা মাগী গুরুগী মকমদগী ভগবান্গী অমসুং জীবশি গী চিন্ময় স্বরূপকী মরমদা হংবা য়াই। ভগবদগীতাদগী অমসুং শ্রীমদ্-ভাগবতম্দগী খঙবদি ভগবান্গা জীবশিংগসি গুণগী মায়কৈদগী য়েংলবদি অমতনি (থেন্নদে)। জীবনা মায়াবদ্ধ-অবস্থাদা হকচাঙ মখল মখল লৌদুনা হন্জন্ হন্জন্ পোকয়ি। ভগবান্গী অংশ ওইরিবা জীবাত্মাগী দেহ লৈরিবসিগী মরম করি করিনো? ভক্তিমার্গদা আত্মাবু খঙগে অমসুং ভগবৎ-সেবা তৌগে হায়বা ভক্ত মখল পুম্নমক্কী কান্নবা ওইগদবা য়াম্না মরুওইবা ৱাফম মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংখি।

পরমেশ্বর ভগবান্গী দেহদি প্রাকৃত দেহগুম্বা হোংবা নাইদে হায়বসি শোইদ্রে হায়না নাকোইননা লৌরে। ভগবানগীদি মাগী আত্মাগা দেহগা খেন্নবা অমতা লৈতবনা মহাক্তি চিন্ময় ওইবা মপুঙনি; অদুনা মায়াবদ্ধ জীবগুম্বা নত্তে। মুক্ত ওইববা জীবশিংদি ভগবান্গা লোয়নদুনা লৈরবনিনা মখোয়সু ভগবান্গুম্না চিন্ময়নি। মুক্তি ফংনবা ঙাইরিবা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী দেহদি হোংদোক হোংজিন তৌয়ি। অদুদি সাধন তৌবদু অহানবদা কবম্না হৌগনি?

ভক্তিযোগগী সাধন মতাঙদা অহানবদা তৌগদবা থবক্তি গুরুগী মফমদা চঙজবা তাবনি অদুদগী গুরুগী মফমদা সাধনগী মরম পুম্নমক হংবা তারে। ভক্তিযোগগী সাধন তৌরকপদা অপরাধ লৈতনবা গুরুগী মফমদা ৱাহংবা হায়বসি তৌদবা য়াদবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্না কনাগুম্বনা ভক্তি যোগদা পুরুং চপ যুংলবসু আত্মা উপলব্ধি তৌরবা গুরুদা মরম পুম্নমক হংবা তাবনি। অমরোমদা হায়রগনা, গুরু অদুসু ভক্তি যোগগী মরমদা য়াম্না খঙহৈবা অমসুং লাইরিক লাইশু হৈবা অমা ওইগদবনি অদু ওইরবদি গুরুদুনা ভক্তশিংনা হংলকপা ৱা পুম্নমক্কী পাউখুম পীবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না ভক্তি শাস্ত্র য়াম্না হৈতবা অমসুং মরী লৈনবা ৱাহং হংলকপদা পাউখুম পীবা ঙমদবা মীতানা শেম্পুম পাম্বগীদমক্তা দীক্ষাগুরু ওইবা চুমদে। শিষ্যদুবু মুক্ত ওইহনবা ঙমদবা মীনা দীক্ষা গুরু ওইবদি আইন থুগায়বগুম্বনি।

শ্লোক ৮

আসীদ্ যদুদরাৎ পদ্মং লোকসংস্থানলক্ষণম্।
যাবানয়ং বৈ পুরুষ ইয়ত্তাবয়বৈঃ পৃথক্।
তাবানসাবিতি প্রোক্তঃ সংস্থাবয়ববানিব ॥ ৮॥

আসীৎ—লৈরম্মী; যৎ-উদরাৎ—মাগী পুক্কুগী; পদ্মম্—থম্বাল; লোক—জগৎ, সংস্থান্—শেম্বা; লক্ষণম্—স্বরূপ; যাবান্—ওইবগুম্না; অয়ম্—মসি; বৈ—লেপ্পমক; পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; ইয়ত্তা—ঙমখৈ; অবয়বৈ—হকচাঙ মতানা; পৃথক্—খেন্নবা; তাবান্—অদুগুম্না; অসৌ—মদু; ইতি প্রোক্তঃ—অসুম্না হায়নৈ; সংস্থা—শাগৎপা; অবয়ববান্—হকচাঙ পানবা; ইব—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোক পুম্নমক্কী থোরকফম ওইরিবা থম্বাল অদুনা মাগী পুক্কুগী পোক্লক্লিবা, অদুগুম্বা ভগবান্না, মাগী চাঙগা মান্ননা অবয়ব (হকচাঙ) পান্বা টাইবংমী খেন্নরবসু তাইবং মীগুম্না (লৌকিক পুরুষগুম্না) অবয়ব-পান্বা ওইরবদি হায়বদি ঈশ্বরনা থোঙ-খুৎপাল্লিবা জীবগা খেন্নদুনা জীবগুম্বনি হায়রবোইদি ভগবান্গা লৌকিক পুরুষগা খেন্নবা কদায়দা লৈদোরি?

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা য়াম্না বুদ্ধিতানা ভগবান্গী চিন্ময় দেহগী মরমদা মরমচানা খঙবা য়ানবা মাগী গুরুদেবগী মকমদা রা হংলম্মিবসি ঐখোয়না খঙজনগদবনি। মাগী তুখোঙ খুদিংদগী মশীঙ ঙীঙমদবমখৈ ব্রহ্মাণ্ড কয়া থোকখিবা অদুগুম্বা কারণোদকশায়ী বিষ্ণুগুম্বা পরমেশ্বর ভগবান্দি বিরাট (অচৌবা) দেহ পুই হায়রবসি মমাঙদা কয়ারক হন্না হায়রবনি। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী দেহদগী লোক পুম্নমক্কী তুংকম ওইবা থম্বাল মথোক থিন্দোক্লকয়ি হায়না হায়রে; মথোক্তুগী মতোন্দা শাংলিবা থম্বাল অদুদা ভগবান্ ব্রহ্মা পোকয়ি। প্রাকৃত জগৎ শেম্নদা পরমেশ্বর ভগবান্না বিরাটরূপ অমা ধারণ তৌয়ি, অদুগা জীবশিংসু চঙগদবা মতুং ইন্না অচৌ-অপীক নাইনা দেহ ফংঙী। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা শামুনা মাগী দরকার মতুং ইন্না অচৌবা দেহ ফংঙী, অদুম্না ককচেঙসু মাগী দরকার মতুং ইন্না মাগী দেহ ফংঙী। মতৌ অদুগুম্না, পরমেশ্বর ভগবান্না ব্রহ্মাণ্ড অমমমগী মনুংদা লৈরিবা লোক পুম্নমক কোন্বা থুংনবা বিরাট দেহ অমা ধারণ তৌরবদি দরকারগী মতুং ইন্না মখল মখলগী দেহ ধারণ তৌগদবনি হায়বা নীতিগী খেন্নবা লৈতে। জীবগা ভগবান্গা খেন্নবসি হবচাঙ মচৌ-মরাক্কী খেন্নবদনা লেপকদবা নত্তে। মদুগী পাউখুমদি জীবগী দেহগা খেন্নদুনা ভগবান্গী দেহনা করি থোই-দোকপা অমা কান্নরিবনো হায়বদুগী রাদা লৈরে।

শ্লোক ৯

**অজঃ সৃজতি ভূতানি ভূতাত্মা যদনুগ্রহাৎ।**
**দদৃশে যেন তদ্রূপং নাভিপদ্মসমুদ্ভবঃ॥ ৯॥**

অজঃ—প্রাকৃত ওইবা থোরককম অমদগী থোরকপা। নওনা পোকপা, সৃজতি—শেম্মী, ভূতানি—প্রাকৃত জীবশিং, ভূতাত্মা—জীবশিংগী লাইবক-তম্বা মহাক; যৎ—মহাক্কী; অনুগ্রহাৎ—থৌজান্দগী; দদৃশে—উখি; যেন—মহাক্না; তৎ-রূপম্—মহাক্কী মশক; নাভি—খোয়দৌ, পদ্ম—থম্বাল; সমুদ্ভবঃ—পোক্লিবা (নাভিপদ্মসমুদ্ভবঃ—ব্রহ্মা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী খোয়দৌ-থম্বান্দগী পোকপা ব্রহ্মানা প্রাকৃত জীবশিংবু সৃষ্টি তৌয়ি। ভগবান্গী কৃপাদগী ব্রহ্মানা ভগবান্গী রূপ (শক) অদুবু উবা ঙমখি।

নৈনরোল

ইহান্-হান্বা জীব ব্রহ্মাদো অজ কৌয়ি মরমদি মহাক প্রাকৃত যোনিদগী পোকপা নত্তে। মহাক ভগবান্গী দেহদগী থোরকপা খোয়দৌ-থম্বালদগী পোকপনি। মরমদুনা ভগবানগী দেহগা ব্রহ্মাগী দেহগা অনীসি গুণ অমতগীরা নম্রগা খেন্নবরা হায়নবদু পাক খঙবা ঙম্মগাই নত্তে। অদুবু রা অমদি তশেংলে মদুদিঃ ব্রহ্মাসে ভগবান্গী কৃপা ঙাই মরমদি মহাক পোক্লবা মতুঙদা ভগবান্গী কৃপাতনা মহাক্না জীবশিংবু সৃষ্টি তৌই. অদুগা মহাক্না ভগবান্গী রূপ অদুবু উবা ফংখি। ব্রহ্মানা উখিবা ভগবান্গী রূপ অদু ব্রহ্মাগী রূপকা গুণতঃ মান্নবম্না হায়বসে খঙবদা বারবা রাফম্লি। রাফমসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদগী শেংনা খঙনীংলম্মী।

শ্লোক ১০

**স চাপি যত্র পুরুষো বিশ্বস্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ।**
**মুক্তাত্মমায়াং মায়েশঃ শেতে সর্বগুহাশয়ঃ॥ ১০॥**

সঃ—মহাক; চ—সু; অপি—মহাক্না ওইবগুম্না; যত্র—মফমদুদা; পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান; বিশ্ব—প্রাকৃত জগৎ; স্থিত—লৈবা; উদ্ভব—সৃষ্টি; অপ্যয়ঃ—প্রলয়; মুক্ত্বা—শোক্কবা; আত্মমায়াম্—মরম্নাই শক্তি; মায়া-ঈশঃ—(শক্তি) পুম্নমক্কী মপু; শেতে—চেল্পী; সর্ব্বগুহ-আশয়ঃ—লোইনমক্কী থম্মোইনুংদা চেল্লিবা মহাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্মোই খুদিংমক্তা পরমাত্মা ওইনা চেল্লিবা অদুগা মায়াশক্তি পুম্নমক্কী মবুংঙো ওইনা লৈরগা মায়ানদি শোকপা ঙমদবা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মরমদা শুগাইনা তাকপীয়ু।

নৈনরোল

ব্রহ্মানা উথিবা ভগবান্‌গী রূপ অদু শোয়দনমক চিন্ময় ওইগনি হায়বসিদা চিংনননাই মরম লৈতে; নৎত্রগদি মায়ানা মাবু শোক্কবমথৈ মায়াবু মহাক্না য়েংবা করম্না ঙমগনি? হায়রিবা পুরুষ অদুমক্না জীব খুদিংগী থম্মোইনুংদা লৈ হায়বসু খঙলে। রাকমসিমসু শুগাইনা তাকফম থোকয়ি।

শ্লোক ১১

**পুরুষাবয়বৈর্লোকাঃ সপালাঃ পূর্ব্বকল্পিতাঃ।**
**লোকৈরমুষ্যবয়বাঃ সপালৈরিতি শুশ্রুম ॥১১॥**

পুরুষ—ভগবান্‌গী বিরাট পুরুষ; অবয়বৈঃ—হকচাঙ কায়াৎময়াম্না; লোকাঃ—ইন্দ্রলোকনচিংবা লোকশিং; সপালাঃ—লোক লোকগী মপুশিং; পূর্ব্ব—হান্নানা; কল্পিতাঃ—খন্নরবা; লোকঃ—লোক মখল মখল্না; অমুষ্য—মহাক্কী (ভগবান্‌গী); অবয়বাঃ—কায়াৎ মখল মখল্না; স-পালৈঃ—মপুশিংগা লোয়নননা; ইতি অসুম্না; শুশ্রুম—ঐনা তাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী লোকশিংসি মখোয় মখোয়গী লোকপালশিংগা লোয়নননা বিরাটপুরুষগী হকচাঙগী তোঙান তোঙানবা কায়াৎশিংদা লৈ হায়না হান্নানা তাকপীথরে। তোঙান-তোঙান্‌বা লোকশিংসি বিরাট পুরুষগী বিরাট দেহগী মনুঙদা লৈ হায়বা ঐহাকসু তাজপ্রে। মখোয় মখোয়না লৈরিবা মফমশিংদু চপচানা কদাযদা লৈংগে? মদু চানবিদুনা তাকপীয়ু।

শ্লোক ১২

**যাবান্ কল্পো বিকল্পো বা যথা কালোহনুমীয়তে।**
**ভূতভব্যভবচ্ছব্দ আয়ুর্ম্মানং চ যৎ সতঃ ॥১২॥**

যাবান্—কয়া য়াম্বা; কল্প—সৃষ্টি অমদগী প্রলয় ফাওবগী মতম; বিকল্পঃ—মরক্কী সৃষ্টি অমসুং প্রলয়; বা—নৎত্রগা; যথা—ওইরিবা; কালঃ—মতম; অনুমীয়তে—অনুমান তৌয়ি (ভাব-না শাই); ভূত—ওইখ্রবা; ভব্য—ওইরক্কদবা; ভবৎ—ওইরিবা; শব্দঃ—খোন; আয়ুঃ—পুন্সীগী লীশাঙ; মানম্—মচাঙ; চ—সু; যৎ—মদু; সতঃ—জীবশিংনচিংবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কল্পগী হায়বদি সৃষ্টিদগী প্রলয়ফাওবগী শাংলিবা মতম, অদুগা বিকল্পগী হায়বদি মরক্কী ওইবা সৃষ্টিগী মতম, ওইখ্রবা-ওইরক্কদোবা-ওইরিবা শব্দনা (খোন্না) তাক্লিবা মতমগী মওং অদুসু চানবিদুনা তাকপীয়ু। ব্রহ্মাণ্ডগী লোকশিংদা লৈরিবা মীওইবা, দেবতা হায়না খঙনরিবা জীব মখল মখলগী আয়ুগী (পুন্সী-লীশাংগী) চাংসু চান্‌বিদুনা তাকপীয়ু।

নৈনরোল

ওইপ্রবা, ওইরিবা অমসুং ওইরকলৌবা হায়বসি ব্রহ্মাণ্ডগী, লোকশিংগী অমসুং তোঙান্-তোঙান্বা লোকশিংদা লৈরিবা জীব মখল মখলগী আয়ু তারবা মতমগী শক্তিম্নি।

শ্লোক ১৩

**কালস্যানুগতির্যা তু লক্ষ্যতেঽণ্বী বৃহত্যপি।**
**যাবত্যঃ কর্মগতয়ো যাদৃশীর্দ্বিজসত্তম ॥১৩॥**

কালস্য—কালগী (মতমগী); অনুগতি—খোঙচৎ হোৌবা; যা তু—ওইরিবদো; লক্ষ্যতে—উরিবা; অণ্বী—অপীকপা; বৃহতী—অচৌবা; অপি—সু; যাবত্যঃ—অদুক্কী মতীক; কর্মগতয়ঃ—অচৌবা কর্মগী ফংফম থোকপা মফম; যাদৃশীঃ—মওং মওংগী; দ্বিজসত্তম—হে ব্রাহ্মণ অথোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা, কালগী (মতমগী) পরমাণু (কুপ্লেন কুপ্পা শব্দক) নচিংবা খোঙচৎ অদুগা চহীনচিংবা অচৌবা খোঙচৎনি হায়না উরিবশিং অমসুং অফ-ফত্তবা কর্মগী তুংইন্না ফংফম থোকপা মফমশিংগী মশীঙ, চাং অমসুং মওংসু চান্‌বিদুনা তাকপীয়ু।

শ্লোক ১৪

**যস্মিন্ কর্মসমাবায়ো যথা যেনোপগৃহ্যতে।**
**গুণানাং গুণিনাং চৈব পরিণামমভীপ্সতাম্ ॥ ১৪ ॥**

যস্মিন্—মদুদা; কর্ম—থবক; সমাবায়ঃ—তুঙশনবা; যথা—গুম্না; যেন—মহাক্না; উপগৃহ্যতে—লৌয়ি; গুণানাম্—প্রাকৃত গুণশিংগী; গুণিনাম্—জীবশিংগী; চ—সু; এব—লেপ্পমক; পরিণামম্—থোক্লকপা ফল; অভীপ্সতাম্—অপাম্বশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্ত্বনচিংবা গুণ পুম্বগী অমসুং দেবতানচিংবগী রূপ পাম্লিবা জীবশিংগী অফবা ফত্তবা যোগ-জ্ঞান ভক্তিগী মশক ওইবা থবক পুম্নমক তিনবা কয়া য়াম্না য়াবগে হায়বদুসু তাকপীয়ু হায়বদি মীওইবগী মরক্তা কনা কমানা কর্মজ্ঞান-চিংবদা অধিকারী (মতীকচাবা মী) ওইরিবা, মতৌ করম্না করম করম্বা সাধন তৌদুনা করি করি কান্নবা ফংবা, অদুসু তাকপীয়ু।

নৈনরোল

প্রাকৃত গুণশিংদা তৌবা থবক পুম্নমক্কী ফলশিংদু পীরুবসু চাউরবসু তুঙশন্দুনা লৈ মরমদুনা কর্মফলশিংদু কর্মগী মতুং ইন্না চপ চপ চানা থোরকয়ি। কর্মফল ওইরিবদো করম্না ওইরিবনো, থবক মতৌশিংনা করি করিনো, অদুগা করি চাংদাদা ফল ওইবগে হায়বনচিংবা বাফমশিংসে অথোইবা ব্রাহ্মণ শুকদেব গোস্বামীগী মফমদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংলম্বা বিষয়শিংনি।

স্বর্গগী দেবতাশিংগী ময়ুম্নি হায়না খঙনরিবা অরাঙবা লোকশিংগী ওইবা জীবন অদুদি (ছৌভিক-কালগী খঙ-উদবা বৈজ্ঞানীকশিংনা থন্নবা) শূন্‌তিঙাগী রথনা পাম্বৈ ওইনা ফংলুবা য়াদে। মফমদুদা লৈরুবা ফংগদবদি সাত্ত্বিক কর্ম তৌরগদা য়াগদবনি।

ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা মর্ত্যালোকসি ফাওবদা, য়াম্না চাওখৎলবা নাগরিকশিংগী দেশ অমদা মীরৈবাক মচানা চঙলকপদা অথিংবা লৈরি। খুদম ওইরগা, আমেরিকাগী সরকারনা চাওখৎতবা দেশদগী লাকপা মীশিংনা চঙলকপদা অথিংবা কয়া থম্মী। মসিগী মরমদি আমেরিকাগী নাগরিক অমগুম মতৌক চাত্রিবা মীরৈবাক মচা অমতগা মখোয়গী চাওখৎপদু ফংমিন্ননীংদে। মতৌ অদুগুম্না, হেন্না বুদ্ধি-লৈবা জীবশিংনা লৈরিবা লোক অদুদসু লৈহন্নীংদবগী পুকচেল অদুম্মক অদুম চেল্লি। অরাঙবদা লৈরিবা লোক-শিংদা য়ুমরৈ-কৈরৈগী ফীভমদি লোইনমক সাত্ত্বিক গুণগী ঙাক্তনি; চন্দ্র, সূর্য্য, অমদি শুক্রগ্রহগুম্বা হেন্না রাংবা গ্রহশিংদা কনাগুম্বনা চঙনীংলবদি মপুঙ ফাবা সত্ত্বগুণগী মমুঙদা লৈদুনা মতৌক চানবা হোৎনগদবনি।

মর্ত্যলোকসিদা লৈনা লৈনা সত্ত্বগুণগী থবক তৌবগী মচাঙ মতুং ইন্না কনাগুম্বনা মতৌক চাদুনা ব্রহ্মাণ্ডগী অরাঙবা লমদমশিংদা কাননবা মতৌক চাবা ওইগদগে হায়বদুগী রা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংবনি।

ঐখোয়না লৈরিবা লোক অসিদফাওবা অফবা থবক তৌদুনা মতৌক চাবা ঙমদ্রবদি সমাজদা অফবা মফম অমা ফংবা ঙমদে। অরাঙবা ন্যায় লোয়শঙ (হায় কোর্ট) অমগী বিচারপতি অমগী তাঙবন্থক্তা যম্নবা গুণখিবিক্তু চেন্দ্রবদি নমহৎতুনা হেক্তা তাঙবন্দুদা কনামতনা ফম্বা য়ারোই। মতৌ অদুগুম্না হন্দক্কী মপোক্তা থবক অফবা তৌদুনা মতৌকচাবা ওইবা ঙমদ্রবদি অবাঙবা লোকশিংদা চঙবা কনামতনা ঙম্মোই। রাজসিক অমসুং তামসিক কর্ম্মদা লুপ্লিবা মীতাশিংদি অরাঙবা লোকশিংদা ইলেকট্রোনিক্কী খুৎলাইগী মতেঙতনা কাবা ঙম্বগী আশা লৈতে।

ভগবদ্গীতাগী বা মতুং ইন্না (৯।২৫) অরাঙবা লোকশিংদা কাবগী মতৌক চাননবা হোৎনবিবা মীতাশিংনা মফমদুদা চৎপা ঙমগনি; মতৌ অদুন্না, পিতৃলোকদা চৎনবা হোৎনবা মীতানা মফমদুদা চৎপা য়ংগনি, মতৌ অদুগুম্না মালেম অসিদা ফীভম যগৎহন্নবা হোৎনরিবা মীতাশিংনা যগৎহনবা ঙম্মী, অদুগা ভগবানগী নাক্তা হন্নীংদুনা হোৎনরিবা মীতাশিংনা ভগবানগী নাক য়ৌবা ঙম্মী।

সাত্ত্বিক গুণগী থবক মখল মখা পুন্না মযাম্না ভক্তিগা লোয়নবা পুণ্য কর্ম্ম, ভক্তিগা লোয়নবা জ্ঞানযোগ, ভক্তিগা লোয়নবা রাজযোগ অমসুং ইলোই লোইবদা সাত্ত্বিক গুণ মখল ময়ামগী অমতসু যাঙদ্রবা ভক্তিযোগ হায়না খ্বাইনা থঙনৈ। অসিগুম্বা করিমতা য়াদ্রবা ভক্তিযোগদি দিব্যনি (প্রাকৃত নত্তে), মসিবু পরাভক্তি কৌযি। মসিনা কনাগুম্বা অমবু ভগবানগী দিব্যধামদা কাহনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা দিব্যধামসি ওইদবা নত্তে, থা লৈরিবা অসিগুম্না তশেংমা লৈরিবনি। ভগবানগী ধামদুবু অমসুং ভগবান্‌বু খঙনবগীদমক্তি দিব্য গুণশিংদু চেন্দবা য়াদে।

## শ্লোক ১৫

**ভূপাতালককুব্ব্যোমগ্রহনক্ষত্রভূভৃতাম্।**
**সরিৎসমুদ্রদ্বীপানাং সম্ভবশ্চৈতদোকসাম্ ॥ ১৫ ॥**

ভূ—মালেম; পাতাল—মালেমগী মখা; ককুপ্—স্বর্গগী মায়কৈ মরি; ব্যোম্—অতিয়া (আকাশ); গ্রহ—গ্রহ; নক্ষত্র—থরাম্মৈচাক; ভূভৃতাম্—চীঙশিংগী; সরিৎ—তুরেন; সমুদ্র—সমত্র; দ্বীপানাম্—ইথৎশিংগী; সম্ভবঃ—থোরকপা, চ—অমসুং, এতৎ—মখোয়গী, ওকসাম্—(লমদমশিংদুদা লৈবা) জীবশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**মালেম পৃথিবী, পাতাল, মায়কৈ, অতিয়া (আকাশ), গ্রহ, নক্ষত্র, চীঙ, তুরেন, সমুদ্র অমসুং দ্বীপ (ইথৎ) হায়বা অসি পুম্নমক্কী অমসুং মফমশিংসিদা লৈরিবা জীবশিংনা করম্না থোরক্লিবনো হায়বদু তাকপীয়ু।**

নৈনরোল

লমদম তোঙান তোঙানবগী জীবশিংদি তোঙান তোঙানবা ফীভমদা লৈ, মখোয় হীরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা লৈতে। কঙফালগী জীবশিংগা ঈশীংগী নংত্রগা আকাশগী জীবশিংগা থেন্নৈ, মতৌ অহুম্না আকাশদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা গ্রহ অমসুং নক্ষত্রশিংদা লৈরিবা জীবশিংসু মহৈ মহৈ তোঙান্ তোঙাল্লী। ভগবান্না শেম্বা নিয়ম মতুং ইন্না মফম অমতা হাঙদে অহুবু মফম অমগী জীবশিংহু অতোপ্পা মফমশিংগী জীবশিংগা থেন্নৈ। মীওইবা মরক্তুফাওবা উমং-রামংগী মীশিংগা নংত্রগা মরুভূমিদা লৈবা মীশিংগা সহর অমসুং খুঙ্গংদা লৈবা মীশিংগা থেন্নৈ। মখোয়বু থেন্ননা শারিবসি প্রাকৃত গুণগী তোঙান-তোঙানবা মওং মতুং ইন্ননি। প্রকৃতিগী নিয়মগী মতৌশিংসি মরম লৈতনা পঙতৌ তৌবা নত্তে। খুঙ্গীল থৌরাং অমগী মতুং ইন্না তৌরিবনি। মসি পূম্নমক তত্ত্বগী মতুং ইন্না ব্যাখ্যা তৌবিউ হায়না মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহর্ষি শুকদেব গোস্বামীদা হায়জরম্মী।

শ্লোক ১৬

**প্রমাণমণ্ডকোশস্য বাহ্যাভ্যন্তরভেদতঃ।**
**মহতাং চানুচরিতং বর্ণাশ্রমবিনিশ্চয়ঃ ॥ ১৬ ॥**

প্রমাণম্—পাকচাওবা; অণ্ডকোশস্য—ব্রহ্মাণ্ডগী; বাহ্য—মপাঙ্গোং; অভ্যন্তর—মনুং; ভেদতঃ—থেন্নবনা; মহতাম্—অচৌবা মীশিংগী; চ অমসুং; অনুচরিতম্—মচোবিত; বর্ণ—বর্ণ; আশ্রম—পুন্সীগী তৌগদবা থবক্কী মতাঙ; বিনিশ্চয়ঃ-থোয়দোকপা ওইনা তাকপীয়ু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী মনুং-পান অনীহু খাইদোক্না তাকপীয়ু, অহুগা মহৎ ওইবা মীতাশিংগী মচোরিত অমসুং থৌদৌশিং অমসুং সমাজগী বর্ণাশ্রমসু শুগাইনা তাকপীয়ু।

নৈনরোল

মহারাজ পরীৎক্ষিৎতি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ফিদম্নঙাই ভক্ত অমনি, অহুনা মহাক্না ভগবাননা তৌবা সৃষ্টি মরমদা মপুঙফানা খঙনীংঙী। মহাক্না ব্রহ্মাণ্ডগী মনুং পান অনীমক খঙনীংঙী। চাননা জ্ঞান তাল্লিবা মীতানা মরম পুম্নমক্কী খঙনবা তৌবদি হৌনবনি। ভগ-দুক্তশিংদি ভাবপ্রবণ ওইহুনতা তোকপনি হায়বিবা মীতাশিংনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী রাহংশিংসে উবগা শুদ্ধ ভক্ত অমনা পোৎ পুম্নমক মমুৎ তানা খঙনীংঙী হায়বহু উবা যংগনি। হৌজিকপালগী বৈজ্ঞানিক্না বক্ষাণ্ডগী মনুঙ-থংবা শরক্কী মরমদা খঙবা ঙমদে, অহুনদি ব্রহ্মাণ্ডবু কুপ্লিবা পানগী শরক্কী বাদি করম্না খঙগনি?

মহারাজ পরীক্ষিৎতি প্রাকৃত জ্ঞানতনা পেল্লমদে। মহাক ভগবদ্ভক্ত মহাত্মাশিংগী চরিত-নচিংবসু খঙনীংলম্মী। ভগবান্গী যশকীর্তি অহুগা মাগী ভক্তশিংগী যশকীর্তিনা পুল্লপ পূল্লগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মপুঙফাবা জ্ঞান ওইরিবনি। মচাক্তপা বৃষ্ণনা লৈখোম চাবহু কুয়ামুক চাবগে হায়না য়েংননবা য়া কাথোকহনবদা কৃষ্ণগী য়াম্নুংদা মাগী ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি পুম্বহু মমাদা বৃষ্ণনা উৎখি। ভগবান্গী কৃপানা মহাক্কী য়াম্নুংদা ব্রহ্মাণ্ডগী পোৎ খুদিংমক ভক্তনা উবা ঙম্মী।

মীওইবা সমাজবু মরমচানা বর্ণ মরি থোক্না খায়বগী রাসি মী-মীহুগী লম্নাই মগুণ য়েংহুনা খায়বহুসু পরীক্ষিৎনা হংলম্মী। বর্ণ মরি থোক্না খায়বসি কনাগুম্বা মীগী হকচাঙবু মরি থোক্না খায়-বগুম্বনি। হকচাঙ-কায়াৎশিংগা হকচাঙ মপূমগা করিসু থেন্নদে হায়ববু কায়াৎশিংসে মচ্চা মচানা

কায়াং ওাক্লি। বর্ণ মরি অমসুং আশ্রম মরি থায়রিবসিনু অদুগুম্বা রানি। মীওইবগী সমাজম্ব ময়ম চাবা মওংদা থায়দোকপগী কান্নবদি ভগবান্‌গী মফমদা লৈরিবা মী মীদুগী ভক্তি হেন্‌গৎলকপগী চাংজৎকী রা নৈনরগা থওবা ওমগনি। রাষ্ট্রপতিনচিংবা রাষ্ট্রগী কর্ম্মচারী খুদিংমক সরকারগী অংশ-কলা ওাক্লি। মখোয় খুদিংমক সরকারগী কর্ম্মচারীনি অদুবু মখোয় কনামতনা সরকার (গবর্ণমেন্ট) অদুদি নত্তে। ভগবান্‌গী শাসন অসিদা জীব পুম্নমক্কী ওইরিবা ফীভমদি সরকারগী কর্ম্মচারীশিংগী ফীভমগুম্বনি। ভগবানগী পরমপদসি কনামতনা মাগী ওইগে হায়না দাবী তৌশিন্নবা য়ারোই, অদুগা মখোয় খুদিংনা মপুম ওইরিবা ভগবান্‌গী উদ্দেশ্যদি থুংননবা লৈগদবনি।

শ্লোক ১৭

**যুগানি যুগমানং চ ধর্ম্মো যশ্চ যুগে যুগে।**
**অবতারানুচরিতং যদাশ্চর্য্যতমং হরেঃ ॥ ১৭ ॥**

যুগানি—যুগশিং; যুগমানম্—যুগ খুদিংগী শাংবা মতম; চ—অমসুং; ধর্ম্মঃ—যুগ ধর্ম্ম; যঃ—মদু; চ—অমসুং, যুগে যুগে যুগ যুগ খুদংদা; অবতার—অবতার; অনুচরিতম্—অবতারগী লীলা; যৎ—মদু; আশ্চর্য্যতম্—খ্বাইদগী হেন্না ওকপা; হরেঃ—হরিগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টিগী মনুংদা ওইবা যুগশিং অদুগা যুগ খুদিংগী শাংবা মতম অদু হায়বিযু। অদুগা তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা ভগবাননা তোঙান তোঙানবা অবতার তৌরগা শান্নথিবা খ্বাইদগী হেন্না ওকপা লীলাশিংদুসু তাকপীযু।

নৈনরোল

ভগবান্ কৃষ্ণদি হৌরকফম মূল ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্‌দুনি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী অবতার পুম্নমক মাগা খেন্নত্রবসু পরমেশ্বর মওোন্দগী থোরকপা ওাক্লি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহাজ্ঞানি ওইবা মহর্ষি শুকদেব গোস্বামীদা অবতারশিংগী লীলাশিংগী মরমদা পঙনীংঙী হায়রম্মী মরমদি মদুনা ভগবানগী অবতার অদু শাস্ত্রশিংদা য়াওরিবা মাগী লীলাশিংনা থওবা য়াগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি মীচম অমনা ভগবান্‌গী অবতারনি হায়রগা পঙলোই লৌবগুম য়াবা মী নত্তে। অদুগী মতুত্তা মহাক্তি বৈদিক গ্রন্থশিংদা হায়বা অদুগা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা আচার্য্য অমনা য়ারবা অবতারগী ওইগদবা চিহ্ন-লক্ষণশিং অদুগী মতুং ইন্না ভগবানগী অবতারনি হায়না লৌনীংঙী। ভগবানদি মাগী যোগমায়াগী শক্তিনা প্রাকৃত নিয়ম ইন্দ্রবসু হেক্তা নোংগুম্মী, অদুনা মাগী চরিতশিংবু খ্বাইগীগুম্বা নত্তে। ভগবান্‌গী থোইদোক হেন্দোকপা লীলাশিংদু শাস্ত্রশিংদা পল্লী; ভগবান্‌গী লীলাশিংসে ভগবান্ মশামক্তে অদ্বয়তত্ত্বনা য়ুম্ফম ওইবনা অনীদো অমতনি। মরমদুনা ভগবল্লীলা শ্রবণ তৌবদি ভগবান্নক্কা সঙ্গ তৌবনি, অদুগা ভগবান্‌গা সঙ্গ তৌবদি মায়া কোক্লবা অশেংবা হায়বদুনি। মমাঙগী গ্রন্থখণ্ড অমদা রাকমসি ঐখোয় নৈনরবনি।

শ্লোক ১৮

**নৃণাং সাধারণো ধর্ম্মঃ সবিশেষশ্চ যাদৃশঃ।**
**শ্রেণীনাং রাজর্ষীণাং চ ধর্ম্মঃ কৃচ্ছ্রেষু জীবতাম্ ॥১৮॥**

নৃণাম্—মীওইবশিংগী, সাধারণঃ—খুদিংমক্কী ওইবা; ধর্মঃ—ধর্ম; সবিশেষঃ—থোইদোকপা, অমদুনা; চ—অমসুং; যাদৃশঃ—ওইরিবা মতমদা; শ্রেণীনাম্—কাংবুশিংগী; রাজর্ষীণাম্—ঋষিতুল্য নিংথৌশিংগী; চ—অমসুং; ধর্মঃ—মথৌ; কৃচ্ছ্রেষু—আপদ্‌কী মতমদা; জীবতাম্—জীবশিংগী।

## থৈডোক্লোন্দা হন্দোকপা

মীওইবশিংগী খুদিংমক্কী ধর্ম ওইরিবা ভক্তি, থোইদোকপা ধর্ম হায়বদি বর্ণ অমসুং আশ্রমগী তুং-ইন্‌বা ধর্ম, ব্যবসায়না হিংবা মীতাশিংগী ব্যবহার-নিয়ম-লক্ষণ ওইবা ধর্ম, ঋষিগী লীচৎ-চৎপা নিংথৌশিংগী ধর্ম অদুগা জীব পুম্নমক্কী আপদ লাকপদা চৎকদবা ধর্ম—খাফম ময়ামসি চান্‌বিদুনা তাকপীয়ু।

## নৈনরোল

মী কাঙলুপ লোইনমক্কী সাধারণ ধর্মদি ভক্তিনি। শাঙাফাওবা ভগবদ্ভক্তিগী মতাঙদা চন্‌বা য়াই, মদুগী খ্বাইদগী ফবা খুদমদি ভগবান শ্রীরামগী ভক্ত বজ্রঙ্গনা হায়বদি হনুমান্না উৎলয়ে। ঐখোয়না হাল্লনা নৈনরবনি মদুদি আদিবাসীশিং অমদি মীশা চাবা জাৎফাওবা ভক্তিদা চঙগন্‌বা যাই ক্ষত্রিশুম্বা অথোয়বা ভগবানগী শুদ্ধভক্ত অমগী লমজিং মখাদা লৈবা থোক্লবদি। উমংদা লৈবা শাদান্‌বা অমনা শ্রীনারদমুনিনা লমজিংবিদুনা ভগবানগী জ্ঞান-তাবা ভক্ত অমা ওইখিবগী খারী অমা স্কন্দপুরাণদা যাওবি। মরমসিনা ভগবান্‌দা ভক্তি লৈবা হাযবসিদি জীব খুদিংমক্না ফংবা য়াই।

তোঙান্ তোঙানবা দেশগী শুইবা অমদি তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতিগী ওইবা ধর্মদুদি মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী ওইবা য়াদে। অদু নত্রগা ধর্মশিংদুগী যুমফম ওইরিবা নীতিদি ভক্তিনি। থোইদোকপা ধর্মনীতি মখল অমনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু পুঙহেন্ হেনবনি হাযনা য়ানীংব্রবদি ধর্মনীতিবু চৎলিবা মীতাশিংনা মখোয়গী লল্লাই ওইবা ধর্মনেতা অমনা তাকপা বিধি নিষেধগী নিয়মদুদি ইন্‌বা তাই। কনাগুম্বা সম্প্রদায় অমগী অসিগুম্বা নেতা অমনা পুম্নমক্কী মকোক ওইবদি য়াদে মরমদি মানা লুচিংবা ওইরুবদো তপ কয়া তৌরবা মতুঙদা ওইবিবনি। অদুবু পরমেশ্বর ভগবান্দি লুচিংবা ওইবগীদমক স'ধন তপ তৌকবা লৈতে, খাযমসি ঐখোয়না ভগবান কৃষ্ণগী থৌদোশিংদা উবা ফংঙী। সমাজ অমগী বর্ণাশ্রমগী মথৌ ওইবা ধর্মদি হিংননবা চৎপা-ধর্মনি, অদুগুম্বা ধর্মদো ভক্তিনা যুমফম ওইবগা চৎপনি। কনাগুম্বনা ম্নগী বর্ণাশ্রমগী ধর্ম (মথৌ) তৌবগী ফল অদু ভগবান্‌গী ভক্তিদা কৎথোক্লগা পুন্সিগী অয়োবী (পরম) সিদ্ধি মহাক ফংগনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায। ভক্তিযোগগী নীতি নিযম ইল্লিবা মীশিংনা কয়িশুম্বা অরাবা (আপদ) অমদা তারোই। মরমদুনা আপদধর্ম (অবাবা মতমগী) ধর্মগী খ্রা লৈতে। লাইরীকসিগী মনুঙদা তত্ত্ব খঙবা মকোক শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা শুগায়না তাক্লকদবা খাদি ভগবদ্ভক্তি নত্তনা ধর্ম লৈতে হায়রবসিনি। ভক্তিধর্মসি মওং তোঙান্-তোঙান্‌বদা পুথোকপা য়াই।

### শ্লোক ১৯

**তত্ত্বানাং পরিসংখ্যানং লক্ষণং হেতুলক্ষণম্।**
**পুরুষারাধন বিধিযোগস্যাধ্যাত্মিকস্য চ ॥ ১৯ ॥**

তত্ত্বানাম্—প্রকৃতিনচিংবা তত্ত্বশিংগী, পরিসংখ্যানম্—মশীঙগী; লক্ষণম্—চিহ্নশিং; হেতুলক্ষণম্—থোরকপগী চিহ্নশিং, পুরুষ—ভগবানগী; আরাধন—পূজা; বিধিঃ—নিয়ম পথাপ; যোগস্য—অষ্টাঙ্গ-যোগগী, আধ্যাত্মিকস্য—অধ্যাত্ম শাস্ত্রবা তাকপা অদুগী; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতিনচিংবগী তত্ত্বশিংগী অর্থাঙ, মখোয়গী অওইবা মওং (স্বরূপ), মখোয় মখোয়গী থবক মতুং ইন্না ওইবা মখোয়গী লক্ষণ, দৈব্যপূজাগী মওং অমসুং অষ্টাঙ্গযোগগী বিধিনচিংবা ময়ামসি হায়বিয়ু।

শ্লোক ২০

**যোগেশ্বরৈশ্বর্য্যগতির্লিঙ্গভঙ্গস্তু যোগিনাম্।**
**বেদোপবেদ-ধর্ম্মাণামিতিহাস পুরাণয়োঃ॥ ২০॥**

যোগ-ঈশ্বর—অষ্টাঙ্গযোগগী মপুগী; ঐশ্বর্য্য—মপুওইবা; গতিঃ—অণিমানচিংবা থোঙথাঙ; লিঙ্গ-ভঙ্গ—লিঙ্গশরীর লোইশনবা (লয়); তু—অহুবু; যোগিনাম্—যোগীশিংগী; বেদ—বেদ; উপবেদ—বেদগী লম্বীদা চঙনা য়ানবা বিদ্যা; ধর্ম্মাণাম্—ধর্ম্মশিংগী; ইতিহাস—চাননা থোকপা থৌদোকশিংগী য়া; পুরাণয়োঃ—পুরাণদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শম্ভুমচিংবা পূকচেল চাওবা ভক্তশিংগী ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবা গতি (থোঙথাঙ), যোগিপুরুষ-শিংগী লিঙ্গশরীর লোয়শনবা (লয় ওইবা), ঋক্-বেদনচিংবা, আয়ুর্ব্বেদনচিংবা উপবেদ, ধর্ম্মশাস্ত্র, ইতিহাস অমসুং পুরাণ পুম্নমক্কী লক্ষণ করিনো হায়বহু তাকপীয়ু।

নৈনরোল

যোগেশ্বর হায়বদি সিদ্ধি মথল নীপাল হায়বদি কুপ্লেন কুপ্পা লৈচরেং (অণু) অমদগী হেন্না পীকশনবা ঙম্বা, উচেক মতুদগী হেন্না য়াংবা, অপাম্বা পোৎপু হেক্তা ফংবা, চৎনীংবা মফম অমদা হেক্তা চৎপা ঙম্বা, আকাশদা গ্রহ অমবু সৃষ্টি তৌবা ঙম্বা অসিনচিংবা সিদ্ধিশিংগী মপু ওইবা জীবনা সিদ্ধিশিংসি উৎপা ঙম্মী। অঙকপা সিদ্ধি শক্তিশিংসি মথল মথল উৎপা ঙম্বা যোগেশ্বর যাম্না লৈ. মখোয় পুম্নমক্কী মকোক্তি ভগবান্ শিব শম্ভুনি। ভগবান্ শিবনা থ্বাইদগী চাউবা যোগেশ্বরনি অহুনা মহাক্তি অচম্বা জীবশিংনা তৌবা ঙম্বদগী হেন্না ঐশ্বর্য্য উৎপা ঙম্মা। পরমেশ্বর ভগবান্গা ভক্তশিংদি যোগশক্তি ফংনবা অপাননা সাধন তৌদে. অহুবু ভগবানগী কৃপানা মাগী ভক্তদি মহারাজ অম্বরীষগা থৎনরগা যৌগিক শক্তি উৎনাংলম্বা দুর্ব্বাসা মুনিগুম্বা যোগেশ্বর অচৌবা ফাওববু মায়থ্রবা পীবা ঙম্মী। মহারাজ অম্বরীষ ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তনি, অহুনা মাগী লন্নাই হোৎনবা অমত্তা য়াওদবমথৈ মহাকপু ভগবান্না যোগেশ্বর দুর্ব্বাসা মুনিগী মথুঙগী কনবিথি, অহুগা দুর্ব্বাসা মুনিনা নিংথৌহুদগী ক্ষমা ভিক্ষা তৌথি। মতৌ অসুম্না দ্রৌপদীনা চিরবা দশা ফংলর্বা মতমদা হায়বদি কুরুশিংনা মাগী শেৎলিবা ফিদো নিংথৌ ময়ামগী সভা ময়ায়দা মুন্দুনা থোকহনগে তৌবা মতমদা ভগবান্না ঙম্নথৈ-লৈতনা শাংলবা শাড়ী অমা দ্রৌপদীদা পীবিহুনা মাবু কনবিখি। দ্রৌপদীদি সিদ্ধি অমা লৈজরম্বা মী নত্তে। মরমসিনা অঙাঙনা মমামপাগী পাঙ্গল্লা পাঙনবা ওইবগুম্বা ভক্ত-শিংসু ভগবানগী ঙমথৈ নাইদবা মঙম্না তেঙবাঙহুনা যোগেশ্বর ওইবা ঙম্মী।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা অসিগুম্বা যোগেশ্বরশিংগী থমথোংবা পঙ্ংফমগী মরমদা হংবদি মখোয়না সিদ্ধি ফংবসি মন্নাই হোৎনরগা ফংবরা নৎত্রগা ভগবান্গী কৃপানা ফংবরা হায়বহু অথঙবা ব্রাহ্মণ শুকদেব গোস্বামীদা হংলম্মী। যোগেশ্বরশিংনা স্থুল অমসুং লিঙ্গ (সূক্ষ্ম) ওইবা প্রাকৃত দেহদগী নাম্থোকপহু করম্না ঙম্বগে হায়বহুসু হংলম্মী। বেদ শাস্ত্রগী বারুপস্ মহাক্না হংলম্মী। ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না (১৫।১৫), বেদশিংগী বারুদি পরমেশ্বর ভগবান্বু খঙবা অমসুং ভগবান্বু হুংশিজবা মনাই অমা ওইবা অসিনি।

শ্লোক ২১

**সম্প্লবঃ সর্ব্বভূতানাং বিক্রমঃ প্রতিসংক্রমঃ।**
**ইষ্টাপূর্ত্তস্য কাম্যানাং ত্রিবর্গস্য চ যো বিধিঃ ॥২১॥**

সম্প্লবঃ—সংসার ঈপাক লান্নবা পাম্বৈ; সর্ব্বভূতানাম্—জীব পুম্নমক্কী; বিক্রমঃ—স্থিতি (লৈবা); প্রতিসংক্রমঃ—মহাপ্রলয়; ইষ্টা—বৈদিক কর্ম্ম; পূর্ত্তস্য—স্মার্ত্ত কর্ম্ম (ধর্ম্মগীদমক তৌবা কর্ম্ম); কাম্যানাম্—অর্থনৈতিক ওইবা মায়কৈদা চাওখৎনবা কর্ম্ম; ত্রিবর্গস্য—ধর্ম্ম, অর্থ অমসুং কামগী; চ—সু; যঃ—মহূ; বিধিঃ– হৌনবী মওং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসার ঈপাক লান্নবা সাধন করিনো? শৌর্য্য (হিংনবা থৌনা) করিনো? মহাপ্রলয় করিনো? হায়বদি ভক্তিগী ওইবা (অনুকূল) নৎত্রগা ওইদবা (প্রতিকূল) বিষয় করি করিনো হায়বিয়ু। জীব পুম্নমক্কী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং সংহার বিষয়, বৈদিক, স্মার্ত্ত অমসুং কাম্য (ইন্দ্রিয়গী ওইবা) কর্ম্মগী বিধি (হৌনবী), অদুগা ধর্ম্ম অর্থ-কাম হায়বা বর্গ (পুরুষার্থ) অহুমগী অপনবা য়াওদবা মখল (প্রকার) তাকপীয়ু।

নৈনরোল

'সম্প্লবঃ' শব্দসি, মপুঙ ফাবা সাধন হায়বগী অর্থদা, ভক্তি সাধন খঙহন্নবা শীজন্নরি, অদুগা 'প্রতিসম্প্লবঃ' হায়বসিগী অর্থনা ওন্ন-তৈন্নবা অর্থ অমা খঙনহল্লী, হায়বদি ভক্তি মাঙহন্নবা হায়বনি। ভগবান্‌গী ভক্তি সেবাদা লেঙদনা লৈরবা মীদি সংসার জীবনগী থবক ইলায় লাযনা পাঙথোকপা ঙম্মী। সংসারীগী পুন্সি হায়বসিদি মহাসাগরগী ঈযায়দা হি হোনবগুম্বনি। মীদু মহাসাগরগী মখা পোল্লে, খজিক্কুং লেঙবদা হিরাক্কুনা লুথা য়াবদো মীৎকুপ খুদিংদা ওইবা য়াই। নোংলুংশীৎ লৈতদুনা অতিয়ানা পুঙলং লঙলগদি হি য়াম্না লায়না অমসুং চিংনবা লৈতনা হোনবা য়াই, অদুগা নোং মুংশীৎ লৈচিন নোংফাই অতিয়ানা চেন্নবদি ঈপাক অচৌবদা লুপ্পা য়াই। মরল মথুম লৈজদুনসু কনামতনা ঈপাকুগী মচিং খঙবা ঙমদে। জহাজ তোংদুনা সমুদ্র ময়াম লাল্লুরবা মীনা সমুদ্রগী মখা পোনবগী বাসি চপচানা খঙী। অদুবু সংসার কৌবা ঈপাক অদুবু ভগবান্‌গী কৃপানা য়াম্না লায়না লানবা ঙম্মী; মদুদা নোং মুংশিৎ অমদি লৈচিন নোংফাইবু কিরুনডাই মরম লৈতে। লোইনমক ভগবান্‌গী ইচ্ছাগী মখা পোনবনি। সংসারসিদা লাইবক থীরবদা অতৈ কনামতনা তেংবাঙবা ঙমদে। ভগবান্‌গী ভক্তশিংদি সংসার ঈপাকসিবু চিন্তা অমতা য়াওদবমথৈ লানবা ঙম্মী; মরমদি শুদ্ধভক্তবু ভগবান্না মতম পূম্বদা ঙাক্কুনা লৈ (ভগবদগীতা ৯।১৩)। ভগবান্না মাগী ভক্তশিংনা সংসার-মুংদা লৈরিঙৈদা ভক্তশিংদা য়েংবিদুনা লৈ (ভগবদগীতা ৯।২৯)। মরমদুনা মী খুদিংমক ভগবান্‌গী চরণখাদা চঙজগদোবনি অমসুং অরৈবা পাম্বৈমথৈ পুথোক্কুনা ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্ত অমা ওইনবা হোৎনগদবনি।

মরম অসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মাগী গুরু শুকদেব গোস্বামীদগী হংলম্বগুম্না খঙ-হৈরবা গুরুদগী ঐখোয় খুদিংনা ভক্তিযোগগী কান্নবা কান্নদবা করিনো হায়না হংজনফম থোকয়ি। ভক্তিযোগগী লাইরীক 'ভক্তিরসামৃতসিন্ধু'গী মতুং ইন্না মী অমনা মাগী হিংননবগীদমক চাফম থোকপা শরুক্কী হেন্না চাফদে। মীওইবগী দেহ য়োক্লবগীদমক নিরামিষ (শা-ঙা য়াওদবা) চীঞ্জাক অমসুং শঙ্জোম অসিতনা ওক্লে; মরমসিনা চীন পেন্নবা পঙচা চাশনবা চুমদে। অদুগা কনামতনা সংসারসিদা নাপল

মথোই কাননবা শেল য়াম্না পৈশনবা চুমদে। মীপুম খুদিংনা পুকচেল শেংনা অমসুং লায়না জীবিকা তানগদবনি; অচুম্বা মওংদা জীবিকা তাল্লগা কুলি অমা ওইবনা কাতু-কারণ নত্তবা মওংগী শাজৎ চৎতুনা সমাজদা তচৌবা মী অমা ওইবদগী হেন্না ফৈ। অচুম্বা শাজৎ চৎতুনা খ্বাইদগী লম্লেবা অমা ওইরবদি করিমতা মহাম তাদে, অদুগা জীবিকা তানবগী অচুম্বা পাম্বৈবু শেল তানবগীদমক থাদোকপদি চুমদে। মদুগুম্বা মতৌদি ভক্তিগী লম্বীদা মাঙনবগী মশক্তি। ৱারেম ৱাঙবস্ম তোক্কদবনি। ভক্তগী মথৌ হায়ববু ভগবান্‌গী কৃপা ফংনবা তৌবনি। মরমদুনা ভক্ত অমনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান্‌গী অঙকপা সৃষ্টিশিংদা মহাক্কী যশোগান তৌবনি। ভক্ত অমনা ভগবানগী সৃষ্টিদি ওইদবা সৃষ্টিনি হায়দুনা ভগবানবু নিন্দা তৌদে। জগৎ অসি মিথ্যা (ওইদবা) নত্তে। তশেংবদি ঐখোয়না মালেমসিদগী ঐখোয়গী হিংননবা পোৎ অস্তুক য়াম্না ফংলিবনি, মরমদুনা করম্না জগৎসিবু মিথ্যানি হায়গদৌরিবনো? মহুগুম্না, করম্না ভগবানবু নিৰাকারনি (শক্লাইদবনি) হায়গদৌরিবনো? নিরাকার ওইবা অমনা করম্না মতম অমতদা পরোক্ষ অমদি অপরোক্ষ ওইনা বুদ্ধি কৌশিং লৈদুনা পোৎশক খঙগদৌরিবনো? মরমসিনা ভক্ত অমনা তমজগদৌবা পোৎ য়াম্না লৈ, অদুনা মহাক্না চপ চানা খঙগে হৈগে হায়রবদি শুকদেব গোস্বামীগুম্বা সংগুরু অমদগী তমগদবনি।

ভক্তি-সেবা পাঙথোরবগী মতেঙ ওইবা থবক্তি ভক্ত ওইবা মীদুনা ভগবান্‌গী সেবাদা থৱাই য়াম্না যাওবা অসিনি। ভগবান্‌না চৈতন্যপ্রভুগী শককমদা ভক্তি ধর্মবু জগৎপুম্বদা কাচিন-কোয়া থুংনা শন্দোকপা পাম্লম্মী, মরমসিনা শুদ্ধ ভক্ত অমগী মথৌদি মহাপ্রভুগী যাথংসি ঙম্বমথৈ শন্দোকপনা ওইগদবনি। ভক্ত খুদিংমক্না মাগী নিতি সেবা তৌবদদা থৱাই য়াওগদবা নত্তে, মহাপ্রভুগুম্না ভক্তি ধর্মসি শান্তিপূর্ণ ওইনা শন্দোকপদস্ম থৱাই যাম্না যাওগদবনি। অসুম্না হোৎনবদা মমিংতা ওইনা ঙমলবস্ম মথৌসি তৌবদদি মহাক তুং হনফদে। শুদ্ধ ভক্তগী মফমদদি জয় অজয়গী ৱা চঙনম থোক্তে মবমদি থৌবুঙসিদদি মহাক লাম্মী অমনি। ভক্তি ধর্ম শন্দোকপা হায়বসি সংসার মাযাগী মথক্তা লাল তৌবগুম্বনি। সকাম কর্ম্মী, জ্ঞানী, অষ্টাঙ্গ যোগীনচিংবা সংসারী মথল কয়ামুক লৈ। মখোয় লোয়নমক ভগবান্ লৈ হায়বা য়াদে। মখোয়না থাংবা খোঙথাঙ খুদিংমক্তা অমদি থবক খুদিংমক্তা ভগবান্‌গী কৃপাতনা তৌন তৌনমক মখোয়না মখোয় মশাবু ভগবাননি হায়না লাউথোকয়ি। মরমসিনা শুদ্ধ ভক্ত অমনা অসিগুম্বা নাস্তিকশিংগা সঙ্গ তৌবা চুমদে। ভগবদ্ভক্ত চেৎনা ওইবা মী অমবু ভক্ত নত্তবা মীতাশিংগী ৱা প্রচারনা মপুক্কীং ওলহনবা ঙমদে, অদুম্নদি ওইরগা ভক্ত শোয়নৌশিংদি নাস্তিকশিংগী ৱা তাদনবা যাম্না চেকশনগদবনি। ভক্ত অমনা ভক্তিগী সেবাদু খঙ-হৈবা গুরু অমগী লমজিংদা চৎথগদবনি অদুগা বিধি নিয়মদবু চু-পায়বগুম পায়গদবা নত্তে। খঙ-হৈবা গুরু অমনা তাকপা মতুং ইন্না মহাক সেবা কযামুক তৌরবগে হায়বস্তু য়েংগদবনি, নিয়ম চুমবরা হায়নতা যেংগদবা নত্তে। ভক্তদি করিগুম্বা অমতা পামফদে, অদুনা ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুং ইন্না মশানা অদুম লাকচবা পোৎতাদু ফংলগা পেল্লোক্কদবনি। ভক্তিগী পুন্সিদদি মদুনা নীতি ওইগদবনি। অসিগুম্বা নীতিশিংদি শুকদেব গোস্বামীগুম্বা গুরু অমনা লমজিংবিবদদা ইলায় লায়না তম্বা ঙমগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেবদা মরম চুম্না হংলমলিবনি, ঐখোয় খুদিংমক মাগী মতৌ তমগদবনি।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা জগৎকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং সংহারগী মরমদা, বৈদিক অমসুং স্মার্ত্ত কর্ম্মশিংগী মরমদা অমসুং পুরাণশিং অমসুং মহাভারতকী পাউতাক মতুং ইন্না পুণ্য কর্ম্ম তৌবগী মরমদা হংলম্মী। হান্নসু হায়খ্রে, মহাভারত হায়বসিদি অরিবা ভারতকী ইতিহাসনি, অদুগুম্না পুরাণশিংসুনি। পুণ্য

কর্ম্মশিংদি স্মৃতি শাস্ত্রশিংদা কবিনো হায়বত্থু তাক্লি, খুদম ওইনা হায়বগা মীযামগী ঈশীং পীনন-বগীদমক পুখ্রী অমসুং কুহা তৌঃবনচিংবা অসিনি। মীয়ামগী ওইবা লম্বীগী চিদাইদা উ থাবা, ময়ামগী ওইবা মন্দির অমদি লাই খুরুমফম শাবা, গতি-লৈজত্রবা মীগী চীঙ্গাক হুম্নবা দান তৌফম শঙ শাবনচিংবা থবকপু 'পূর্ত্ত' কৌয়ি।

মতৌ অসুম্না, ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বা বিষয় তাম্নবগী রাসু মহারাজ পরীক্ষিৎনা ময়াম পুম্বগী কান্নবা য়েংহুনা হংলম্মী।

শ্লোক ২২

**যো বানুশায়িনাং সর্গঃ পাষণ্ডস্য চ সম্ভবঃ।**
**আত্মনো বন্ধমোক্ষৌ চ ব্যবস্থানং স্বরূপতঃ ॥ ২২ ॥**

যঃ—মখোযত্থু; বা—নত্রগা, অনুশায়িনাম্—প্রলয়দা ভগবান্দা লীন (তিনপ্রবা) ওইবা জীবশিং; সর্গঃ—সৃষ্টি; পাষণ্ডস্য—ভক্ত নত্তবশিংগী; চ—সু; সম্ভবঃ—মপোক; আত্মনঃ—জীবগী; বন্ধ—অফা-অপুন্, মোক্ষৌ—অরান্-খুভম; চ—অমসুং, ব্যবস্থানম্—লৈবা, স্বরূপতঃ—মায়ানা শোক্তবা যাঁভমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রলয়দা ঈশ্বরদা লীন ওইবা জীব পূম্নমকপু সৃষ্টি তৌবগী মওং মতৌ; পাষণ্ডশিং থোরকপা, জীবশিংগী মাযা-বদ্ধ ওইবা অমসুং মায়াদগী নাম্থোকপগী (মোক্ষগী) মরম অহুগা মাযা-শোক্তবা স্বরূপ-তা লৈবগী রায়োল চানবিহুনা তাকপীযু।

মৈনরোল

ভক্তিগী লমদা অসুম অসুম চঙশল্লক্লিবা সাধক ভক্ত অমনা সংগুরুগী মযমদা, ভগবানগী দেহমুংদা লীন ওইরিবা জীবশিংনা সৃষ্টিগী মতমদা অমুক করমদৌনা হল্লকপগে হাযবত্থু হংদবা যাদবনি। জীব মখল অনী লৈ, মহুদি নিত্যমুক্ত ওইবা মাযাগী মখা পোন্দ্রবা জীব মখল অমা অদুগা মতম পুম্বদা মাযাবদ্ধ ওইবা জীব মখল অমা। নিত্যবদ্ধ জীবশিংসু মখল অনী থোকযি; মখোযদুদি আস্তিক (ঈশ্বর লৈ হাযবা থাজবা) অমসুং নাস্তিক হায়বা অনীসিনি। আস্তিকশিংগী মনুংদসু ভক্ত হাযবা অমা অদুগা জ্ঞানী হাযবা অমা। জ্ঞানীশিংনা ভগবানগী সত্তাদা লুপ্পা পাম্মী হাযবদি ভগবান্‌গা অমতা ওইবা পাম্মী, অদুগা ভগবানগী ভক্তশিংনা ভগবানগী তোঙানবা সত্তা অমা ওইনা লৈরগা মতম পুম্বদা ভগবানগী সেবা তৌবা পাম্মী। মপুঙ ফানা শুদ্ধ-ওইদবা ভক্তশিংনে জ্ঞানীশিংনে শুদ্ধ ওইবা ভম্ননবা মতুংগী সৃষ্টিদা অমুক মাযাবদ্ধ ওই। অসিগুম্না মাযাবদ্ধ জীবশিংনা ভগবানদা হেন্না ভক্তি লৈখৎলক্রগা মুক্ত ওই। মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবৎ-তত্ত্ব মুপ্পা খঙননবা হায়হুনা সংগুরুগী মযমদা রাহংশিংসি হংলনিবনি।

শ্লোক ২৩

**যথাত্মতন্ত্রো ভগবান্ বিক্রীড়ত্যাত্মমায়য়া।**
**বিসৃজ্য বা যথা মায়ামুদাস্তে সাক্ষিবদ্ বিভুঃ ॥ ২৩ ॥**

যথা—গুম্না, আত্ম-তন্ত্রঃ—নীঙতম্বা, ভগবান্—ভগবান্না; বিক্রীডতি—লীলা শাম্নৈ; আত্মমায়য়া—মাগী অন্তরঙ্গ শক্তি যোগমায়ানা, বিসৃজ্য—থাদোক্লুনা; বা—নৎত্রগা; যথা—মতাক্লা পাম্বগুম্না; মায়াম্—বহিরঙ্গ শক্তিবু; উদাস্তে—লৈ, সাক্ষিবৎ—সাক্ষীগুম্না; বিভুঃ—ভগবান্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনীঙ-তন্বা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা যোগমায়াগী মতেঙনা মহাক্কী লীলাশিংদু শাগৈ অদুগা প্রলয়গী মতমদা মায়ানা মতেঙ ওইদুনা শান্নরগা সাক্ষী ওইনা লৈথোকয়ি হায়রা ৱাহৈ লীবিয়ু।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুদি পরমেশ্বর ভগবাম্নিনা অদুগা অবতার অতৈ পুম্নমক্কী থোরকফম্নিনা মনীঙতন্বা হায়বদো মহাক্কনি। সৃষ্টিগী মতমদা মানা পান্বা মতুং ইন্না লীলা শাগৈ অদুগা প্রলয়গী মতমদা মাগী লীলাশিংদু বহিরঙ্গ শক্তি মায়াদা থাদোক্লগা মহাক্না সাক্ষী ওইনা লৈথোকয়ি। মমাবেম্মা যশোদাগী তম্পাক্তা মাগী লীলাশিংদু ভোগ তৌরবস্থু মাগী যোগমায়াগী মতেঙনা মহাক্না পুতনা হিংচাবীবু হাৎলী। মহাক্না মর্ত্তালোকসি থাদোকনীংবা মতমদা মাগী যদু শাগৈ হাংপনচিংবা লীলা শাগৈ অদুগা প্রলয়সিনা মঙোন্দা করিমতা শোক্তবমখৈ লৈ। থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক্কী মহাক সাক্ষীনি, অদুম ওইনমক মহাক করিগুম্বা অমতগা মরী লৈনদে। য়েংলু য়েংলুবা য়ায়কৈদা মহাক মনীঙতন্বনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা মপুঙফানা খঙনীংলম্মী মরমদি শুদ্ধ ভক্তদি মমৃৎ তানা খঙফম থোকযি।

শ্লোক ২৪

**সর্ব্বমেতচ্চ ভগবন্ পৃচ্ছতো মেঽনুপূর্ব্বশঃ।**
**তত্ত্বতোঽর্হস্যুদাহর্তুং প্রপন্নায় মহামুনে॥ ২৪॥**

সর্ব্বম--পুম্নমক, এতৎ—অসি; চ—ঐনা হংবা ঙমদবা ৱাফমশিংসু; ভগবন্—হে মহামুনি; পৃচ্ছত—খঙনিংদুনা হংজবিবা, মে -ঐঙোন্দা; অনুপূর্ব্বশঃ--মকোক্তগী হৌনা; তত্ত্বতঃ—অওই অওইবদু, অর্হসি—তৌবিগদবা ওই; উদাহর্ত্তুম্—তাকপীবা; প্রপন্নায়—চঙজরকপা মীদা; মহামুনে—হে মহামুনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবন, হে মহামুনি, ঐহাক নঙগী নফমদা চঙজরি, ঐনা হংখিবা বিষয়নে অমসুং হংখিদবা বিষযশিংনে মখোয়দুগী বা পুম্নমক কুপা তৌবিদুনা মকোক্তগী হৌদুনা ঐঙোন্দা লীবিয়ু।

নৈনরোল

গুরুদি মতম পুম্বদা শিষ্যদা জ্ঞান তাকপীবগীদমক শেম-শাদুনা লৈরিবনি, থোইদোক হেন্দোক্না শিষ্যদুনা য়াম্না খঙজনীংলবদি। চাওখৎ-খোঙথাঙ থাংজল্লক্লিবা শিষ্যগীদমক্তি শিষ্যদুনা খঙজন-খিজন্নীংবসি তৌদবা যাত্রবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতু ফিদমঙাই শিষ্য অমনি মরমদি মহাক মপুঙ ফানা খঙ-নীংগল্লম্মী। আত্মাবু খঙনবা তৌবদু পামদ্রবদি কনামতনা গুরুগী মফমদা চৎত্রবস্থ য়ারে, করিগুম্বা মীঙোন্দা উৎপগীদমক নত্রবদি। মহারাজ পরীক্ষিৎ অদু মামা হংলম্বা বিষয় ঙাক্তা নত্তনা মানা হংবা ঙমজদবা বিষয়গী ৱাম্থ খঙনীংলম্মী। তশেংবমক কনামতনা বিষয় খুদিংমক গুরুদগী হংবা ওইথোক্তে, অদুবু সৎগুরু অমনদি শিষ্যগী কান্নবগীদমক শিষ্যদুদা মরম শুনা তাকপীবা ঙম্মী।

শ্লোক ২৫

**অত্র প্রমাণং হি ভবান্ পরমেষ্ঠী যথাত্মভূঃ।**
**অপরে চানুতিষ্ঠন্তি পূর্ব্বেষাং পূর্ব্বজৈঃ কৃতম্॥২৫॥**

অত্র—মরমসিদা; প্রমাণম্—প্রমাণ; হি—লেপ্পমক; ভবান্—নহাক্না; পরমেষ্ঠী—সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্মা; যথা—গুম্না; আত্মভূঃ—মথন্তা ওইজরকপা; অপরে—অতৈ; চ—অমসুং; অনুতিষ্ঠন্তি—মতুংইল্লী; পূর্ব্বেষাম্—হান্না লৈরম্বা; পূর্বজৈঃ—হান্নগী অউবশিংনা তাক্লবা জ্ঞান; কৃতম্—তৌরম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহামুনি, নহাকসে আত্মযোনি (মথন্তা ওইরকপা) ব্রহ্মাগুম্না ঐনা হংলিবা বিষয়শিংগী তত্ত্ব-খঙবনি। লোক অসিদদি মাঙ-থাখিবা অহল-লাইমনশিংনা চৎলম্বা বিষয়শিংগী খুদুঙ ইন্বা ভাক্তনি।

নৈনবোল

শুকদেব গোস্বামী মথন্তমক তত্ত্বজ্ঞান খঙবনি হায়না লৌবা য়াদে মরমদি মহাক নত্তবা অতৈ মুনি-ঋষি লৈরি অমসুং মখোয় শিষ্য শাখাসু লৈরিনা হায়দুনা য়েৎপ। য়াই। ব্যাসদেবগী মতমগী অমদি মাগী মমাঙদা গৌতম, কণাদ, জৈমিনি, কপিল, অমসুং অষ্টাবক্রনচিংবা মহামুনি কয়াম লৈবম্মী, মখোয লোইনমক মখোয় মখোযগী দার্শনিক মত অমমম পুথোক্লম্মী। মখোয়গী মবক্তা পাতঞ্জলিসু মহামুনি অমনি। মহর্ষি তককসিগী লম্নাই-লম্নাইগী ওইবা রাখল হৌজিককালগী দার্শ-নিকশিংগী লৈবগুম্না লৈরম্মী। মথক্তা পল্লিবা মিংচৎলবা মহামুনিশিংগী দার্শনিক মতবাদ তক্কসিগা শুকদেব গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা উৎলিবা মতসিগা খেন্নবদি অসিনি—মহামনি তক্কসিনা উৎলিবা মতশিংদুদি মবন্নাইগী ওইবা রাখন্নি অদুগা শুকদেব গোস্বামীনা উৎলিবা মত অসিনা ময়ান্ন আত্মভূঃ-নি (মথন্তনা ওইজরকপা অমনি) হায়বা অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্মক্তা শিক্ষা পীবক্লবা ব্রহ্মামক্তগী যংবা মতনি।

বেদগী দিব্যজ্ঞান অসি পরমেশ্বর ভগবান্দগী হেক্তা তাওথরকপনি। ভগবানগী কৃপানা ব্রহ্মাৎগী ইহান হানবা জীব ব্রহ্মানা জ্ঞান অসি ফংখিবনি, ব্রহ্মাজিদগী নারদনা ফংখিবনি অমসুং নারদমুনিদগী ব্যাসদেবনা ফংখি। শুকদেব গোস্বামীনা মাবু পোকপা ব্যাসদেবদগী হেক্তা যংখিবনি। জ্ঞান অসি গুরুশিষ্য পরম্পরা নাইনা ফংনরকপনিনা তেক কায়দবা অমা ওইরিবনি। কনাগুম্না শুকশিষ্য পরম্পরাসি কযাদনা জ্ঞানসি ফংলকপা নত্রবদি মহাক মতীকচাবা গুরু অমা ওইবা য়াবোই। মদুনি দিব্যজ্ঞান ফংগী অথৌপ্পা রাদি। মথক্তা পনখিবা মহর্ষি তক্কসি মহামুনি ওইবা যাই অদুবু মখোযগী জ্ঞানদি মরন্নাই মন-বুদ্ধিগী জ্ঞান ভাক্লিনা তেক-কায়দবা ওইবা যাবোই। মরন্নাই বুদ্ধিনা কনা-গুম্না দার্শনিক পণ্ডিত অমনা মতবাদ অমা মপুঙফারবনি হাযনা পুথোকচরক্লবসু মাগীদুগুম্না ভান্না কদৌঙৈদসু তেক কাযদা ওইবা যাবোই মরমদি জ্ঞান অদু ছিদ্র চেন্বা মনগী বুদ্ধিনা পুথোরকপনি। হাযরিবা মহর্ষিশিং সগীসু শিষ্য-পরম্পরা লৈ অদুবু মখোযদি লাইনা থাবা নত্তে মরমদি মখোয়না হায়রম্বা তত্ত্বজ্ঞান অদু মনাঁও তম্বা পরমেশ্বর ভগবানগী নারায়ণমক্তগী থোকখিবা নত্তে। নারায়ণ নত্তুনা কনামতনা স্বতন্ত্র (নাঁও তম্বা) ওইবা ঙমদে, মরমদুনা কনাগুম্না অমতগী জ্ঞান্না তেক কায়দবা জ্ঞান ওইবা য়াদে, কবিগীনে হাযনবু মখোয় খুদিংমক্কী জ্ঞান অদুদি লেপ্তবা (চঞ্চল) মন-দগী থোরকপনি। মন-দি প্রাকৃতনি, মরমদুনা প্রাকৃত পণ্ডিতশিংনা পুথোরকপা জ্ঞান্না কদৌঙৈদসু দিব্য জ্ঞান ওইবা য়াদে, অদুনা ছিদ্র চেন্দবসু ওইবা য়াদে। প্রাকৃত দার্শনিকশিংদি মখোয় মদ্ভামক পাংশোয়-নাইবা ভাক্তনিনা অতৈ দার্শনিকশিংগা য়ানদে, মরমদি প্রাকৃত দার্শনিকতি মাগী মত পুথোকপা তোক্তি মথৈদি মাবু দার্শনিক অমনি হায়বা য়াদে। মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্না বুদ্ধি-লৈবা

মীতানা মহয়াইগী বুদ্ধিনা দার্শনিক ওইবা মীতাশিংনা অচৌবা থনি ওইদুনম্ম মখোয়বু যাবিদে, অদুগা ভগবদ্গীতাদা চেৎনা হায়বা পরম্পরা পথাপ মতুং ইন্না পরমেশ্বর ভগবানগা খেন্নদ্রবা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মহাজনশিংগী রাদি লৌশল্লী।

শ্লোক ২৬

**ন মেঽসবঃ পরায়ন্তি ব্রহ্মন্ননশনাদমী।**
**পিবতোঽচ্যুতপীযূষম্ তদ্ বাক্যাব্ধিবিনিঃসৃতম্ ॥ ২৬ ॥**

ন নত্তে, মে—ঐগী; অসবঃ—থবাই; পরায়ন্তি—চোকথরে, ব্রহ্মন্- হে ব্রহ্মন্, অনশনাৎ—চাদবনা, অমী—অসি, পিবতঃ—থকপা মরম্না, অচ্যুত- মাঙ তাবপা-নাইদবা, পযূষম্- অমৃত, তৎ -মদু, বাক্য-অব্ধি—রাগী মশক ওইবা সমুদ্র; বিনিঃসৃতম্- চেন্থরক্লিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মন্, নহাক্কী বাক্য-ঈপাক্তগী চেন্থরকপা অচ্যুত পরমেশ্বর ভগবানগী কথামৃত থক্লবা মরম্না চাদ-থক্তবস্সু ঐহাক করিমতা চোকথবা লৈত্রে।

নৈনরোল

ব্রহ্মা, নারদ, ব্যাস অমসুং শুকদেব গোস্বামীখোয়দগী লাকপা শিষ্য পরম্পরা থোইদোকপা ওইনা অতৈ পরম্পরাদগী তোপ-তোপ্পী। অতৈ ঋষিদগী লাকপা শিষ্যপরম্পরাদি অচ্যুত কথা হায়বদি মাঙ তাবা লৈত্রবা ভগবানগী রা য়াওদবনিনা অরেপ্পদা মতম মাঙনবা ঙাক্লি। লম্নাইগী রাখল খনবা মীশিংনা মখোয়গী মতবাওশিংদু নাতৈ চানা ফজনা পুথোরকপা ঙম্মী, অদুবু যুক্তিশিংদু লোচদনা মরমদি মখোয়দগী হেন্না রাখল খনবা ঙম্বশিংনা য়েৎতুনা মখোয়বু মায়থীবা ঙম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎকি মপূক লেপতবা মীতাশিংগী চগঙনবা লম্নাই রাখলদু লৌবিবা মীতা নত্তে মহাক্না থরাই যাম্না লোঝবদি ভগবানগী কথামৃতদনি, মরমদি ভগবৎ-কথামৃত শুকদেব গোস্বামীগী চীন্দগী শ্রবণ তৌবদা মহাক শিংবনি হায়বা খঙদুনা চাবা থকপা তৌত্রফাওবদা করিমতা চোকথরমদে।

মরম্নাই রাখল পুথোরপা মীতাশিংনা হায়বা রা কনাগুম্বনা শ্রবণ তৌবা য়াই, অদুবু শ্রবণ তৌ বুইদনা যাই। ওসিগুম্বা অমমু অমমু খন্নবা লম্নাই রাখলগী রা তাবদা মী খুদিংমক থাম্না থুনা চোকথবা যাই, অদুগা অসিগুম্বা কান্নদবা রা তারগা কনামু পেম্নরোই। অচ্যুত কথা ওইরবদি পোইদোক্লা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মীদগী তারবদি মরম অতৈনা চোকথরবস্সু শ্রোতাদুনা চোকথবগী রা লৈতে।

শ্রীমদ্ভাগবতমগী সংস্করণ খরদা নৈনরিবা শ্লোক অসিগী অরোয়বা পঙক্তি অদুদা 'অন্যত্র কুপিতাৎ দ্বিজাৎ' হায়্রনা যাওযি; মসিগী অর্থদি নিংথৌদো লৗম্না চিক্তুনা থুনমক শিগনি হায়বা রাখম্না বিভুলা চুরম্বা যাই হায়বনি। লীন অসিবু অনীরক পোকপনি (দ্বিজনি), লীনদুগী অশাউববুনা রাখল রাৎপা শাপ তৌরক্লিবা ব্রাহ্মণ মচাদুনা চাংদম্নরক্লিবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি শিনি হায়বগী শুক্কী কিরমদে, মরমদি মহাক ভগবৎ-কথা শ্রবণ তৌবনা থৌনা মপুঙ ফানা কম্মী। অচ্যুত কথাদা লুপ্লবা মীদি জগৎসিদা করিমতা কিদে।

শ্লোক ২৭

**সূত উবাচ**

**স উপামন্ত্রিতো রাজ্ঞা কথায়ামিতি সৎপতেঃ।**
**ব্রহ্মরাতো ভৃশং প্রীতো বিষ্ণুরাতেন সংসদি ॥ ২৭ ॥**

সূত উবাচ—শ্রীলসূত গোস্বামীনা হায়, সং- মহাক (শুকদেব গোস্বামী); উপামন্ত্রিতঃ—হংলম্বনা; রাজ্ঞা—নিংথৌনা, কথযাম্—হারীশিংদা; ইতি—অসুম্না; সংপতেঃ—অচুম্বগী মপুগী (শ্রীহরিগী); ব্রহ্মরাতঃ—শুকদেব গোস্বামী; ভৃশম্—য়াম্না; প্রীতঃ—পেল্লম্মী; বিষ্ণুরাতেন—মহারাজ পরীক্ষিৎনা, সংসদি—সভাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—মতৌ অসুম্না সভাময়ায়দা শুকদেব গোস্বামীদু মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কথা লীবিনবা হাযজবকপদা যাম্না পেন্দুনা মুংঙাইজখি।

নৈনরে'ল

শ্রীমদ্ভাগবতম্ নৈনবগী অধিকারদি ভগবৎ-ভক্তশিংগীনি। ভগবদগীতাবু মরা-চৎপা য়ানা নৈনরম্বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগা (ভগবান অমসুং ভক্ত) অনীনি, মতৌ অদুগুম্না ভগবদগীতাগী মতুংদা স্নাতকশিংনা তম্নবা লাইরীক ওইবিবা শ্রীমদ্ভাগবতমসু শুকদেব গোস্বামী অমদি মহারাজ পরীক্ষিৎ-কুম্বা পণ্ডিতশিংনা অমসু' ভক্তশিংনা নৈনবা ঙমগনি। নংত্রগদি অমুতগী অশেঙবা মহাও তংবা ঙম্মোই। শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎপু পেল্লম্মী মরমদি মহারাজদি অচ্যুত-কথা-শ্রবণ তৌবদা চোকথরমদে অদুগা থবাই য়াওনা হেন্না হেন্না শ্রবণ তৌনিংঙম্মী। অপঙবা টীকাকারশিংনা ভগবদগীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতমগী বিষযবস্তু খঙবসু • ঙনা লাইরীক অনীসি করিস্ব কান্নদনা পাযখৎলী। ভক্ত নত্তবনা বৈদিক সাহিত্যগী রাংলেন-রাংবা লাইরীক অনীসিদা হৈপা শাবদি কান্নদে। মরমদুনা শঙ্করাচার্য্যনা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু টীকা তৌগে হাযঠনা শোকপা তৌরমদে। মহাক্কী শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী ভাষ্যদা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্য ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না লৌযি অদুবু কোম্বংদদি মহাক্কা নির্ব্বিশেষবাদী মতকী ভাষ্য পীরম্মী। অদুবু মাগী কীভমদু খঙজদুনা মহাক্কা শ্রীমদ্ভাগবতম্দি শোক্লমদে।

শ্রীল শুকদেব গোস্বামীবু ভগবান কৃষ্ণনা রক্ষা তৌখি (ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ), অদুনা মহাক ব্রহ্মরাত হাযনা খঙনৈ। শ্রীমান পরীক্ষিৎ মহারাজবু বিষ্ণুনা রক্ষা তৌখি, অদুনা মহাক বিষ্ণুরাত হাযনা খঙনৈ। ভগবান্গী ভক্তনিনা মতম পুম্বদা মথোয়বু ভগবান্না কল্লী। নিযুক্তনা ব্রহ্মচর্যগী মহমনগীদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌগদবনি অতৈ অমদগী তৌগদবা নত্তে হাযবসিসু মতাংসিদা শেংনা উৎলে, মরমদি অতৈদি দিব্যজ্ঞান অসি শেরান্নবা অর্থদা ব্যাখ্যা তৌদুনা শ্রোতাশিংগী মতম মাঙহল্লী।

শ্লোক ২৮

**প্রাহ ভাগবতম্ নাম পুরাণং ব্রহ্মসম্মিতম্।**
**ব্রহ্মণে ভগবৎপ্রোক্তং ব্রহ্মকল্প উপাগতে ॥ ২৮ ॥**

প্রাহ—হায়খি (মহাক্কা); ভাগবতম্—ভাগবতম্, নাম—কৌবা; পুরাণম্—পুরাণ, ব্রহ্মসম্মিতম্—বেদগী মতুং ইনবা, ব্রহ্মণে-ব্রহ্মাদা, ভগবৎপ্রোক্তম্—ভগবান্না হায়খিবা; ব্রহ্মকল্প—ব্রহ্মাবু পোকখিবগী কল্প অহানবা, উপাগতে—হৌরকপদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৃষ্টি হেক হৌবদা ইহান হানবা কল্পদা ভগবান্না ব্রহ্মাদা বেদগী মতুং ইনবা ভাগবত কৌবা পুরাণ তাকখিবদু লীথবা হৌখি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্দি পরমেশ্বর ভগবান্গী মরম ওইবা বিদ্যানি। নিরাকারবাদীনা শ্রীভগবান্গী বিগ্রহমূর্ত্তি লৈতে হায়গদবগী তত্ত্বনা হোৎনৈ মরমদি মখোয়না পরতত্ত্বগী ৱা খণ্ডদে; শ্রীমদ্ভাগবতম্দি বেদগী মতুং ইনবনি অমসুং মরমচানা উৎপা পরতত্ত্বগী ৱানি। তত্বসি খণ্ডননবা শ্রীশুকদেবগী প্রতিনিধি ওইবা য়াবা মীতাগী মফমদা চঙজগদবনি; অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা তৌবগুম তৌগদবনি; অদুনা কনামতনা ইপণ্ড-পণ্ডনা ব্যাখ্যা তৌনবা হোৎনবগা ভগবান্গী খুয়াখাদা লণ্ডজবা ওইগনি। ভক্ত নত্তবা কাণ্ডলুপ্পা তৌবা ব্যাখ্যানা শ্রীমদ্ভাগবতম খণ্ডননবা হোৎনবগী মতাঙদা কাংখোং চাইবা অমা থোকহল্লে, চেকশনবা বিদ্যার্থীনা মসিগী মতাঙদা মীৎনা-শিংনা চৎতুনা ভগবৎ-তত্ত্ব শেংনা খণ্ডনবা হোৎনগদবনি।

শ্লোক ২৯

**যদ্ যৎ পরীক্ষিদৃষভঃ পাণ্ডুনামনু পৃচ্ছতি।**
**আনুপূর্ব্বের্ণ তৎসর্ব্বমাখ্যাতুমুপচক্রমে ॥ ২৯ ॥**

যৎ যৎ—মদু মদু, পরীক্ষিৎ—পরীক্ষিৎ মহারাজ; ঋষভঃ— খ্বাইদগী থোইবা; পাণ্ডুনাম -পাণ্ডব-শিংগী মরক্তা; অনুপৃচ্ছতি—মথণ্ড মথণ্ড হংথরি, আনুপূর্ব্বের্ণ— হৌবদগী লোইবফাওবা, তৎ—ময়ামদো; সর্ব্বম- মপুঙ ফানা; আখ্যাতুম—লীথবা; উপচক্রমে—তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডব অথোইবা পরীক্ষিৎ মহারাজনা শুকদেবদা হংলম-হংলম্বা ৱাহংশিংদু হৌবদগী লোইব-ফাওবা শুকদেবনা পাউখূম পীথরম্মী।

নৈনবোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা ৱাহং যাম্না হংলম্মী, ৱাহং থরদি য়াম্না খণ্ডনীংনা হংবনি; হংলম্লিবদু খংনা খণ্ডনবা হংলম্বনি; অদুবু গুরুদুনা ৱাহং লোইনমক্কী পাউখুমদু ৱাহংশিংগী মথং মনাও নাইনা পীদবা য়াদে হায়বা লৈবমদে। অদুবু শুকদেব গোস্বামীদি ৱাহং ময়াম থেংনরক্লবা মীনিনা ৱাহংশিংদুগী পাউখুম মথং মনাও নাইনা শিষ্যপরম্পরাদগী লাকপা ৱা ওইনা পীরম্মী। ৱাহং পূম্নমক্কী পাউখুম অমতফাওবা চৌখদবমখৈ খুম্নম্মী।

**অমুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অনিশুবা স্কন্ধদা 'মহারাজ পরীক্ষিৎকী ৱাহংশিং' কৌবা নিপালশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইবে।**



## মাপনশুবা অধ্যায়

# ভগবাননা তাকপীরম্বা রাক্ষমদুমক্কা পীবা পাউথুমশিং

### শ্লোক ১

**শ্রীশুক উবাচ**
**আত্মমায়ামৃতে রাজন্ পরস্যানুভবাত্মনঃ।**
**ন ঘটেতার্থসম্বন্ধঃ স্বপ্নদ্রষ্টুরিবাঞ্জসা ॥ ১ ॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়; আত্মা—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরি, মায়াম্—শক্তি; ঋতে—য়াওদনা; রাজন্—হে নিংথৌ; পরস্য—শুদ্ধ আত্মাগী; অনুভব-আত্মনঃ—জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মাগী; ন—নত্তে; ঘটেত—থোকয়ি; অর্থসম্বন্ধঃ—প্রাকৃত দেহগা লৈনবা মরী; স্বপ্ন—মঙ; দ্রষ্টুঃ—উরিবা মাগী; ইব—গুম্না; অঞ্জসা—মপুঙ ফানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী—হে নিংথৌ, মঙ মঙবা মী অমনা মঙদা উবা দেহ-নচিংবত্থুগা ভশেংবা মরী (সম্বন্ধ) লৈতবগুম্না পরমাত্মা শ্রীহরিগী মায়া নত্তনা কবিগুম্বা মরমগীদমক জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মাগসু অওইবমক সম্বন্ধ লৈতে।

নৈনরোল

জীবনা মাগী প্রাকৃত দেহ অমসুং মন অদুদগী তোঙাল্লী হায়রগা মাগী প্রাকৃত জীবন করম্না ওইখিবনো হায়বা মহারাজ পরীক্ষিৎকী বাহং অদু চপ চানা পাউথুম পীরি। জীবাত্মা মাগী পুক্সিগী প্রাকৃত কল্পনাদগী তোঙাল্লী, অদুবু মহাক শ্রীহরিগী 'আত্মমায়া' কৌবা বহিরঙ্গ শক্তিগী প্রভাবনা জীবনা প্রাকৃত কল্পনাদা লুপ্লী। রাক্ষসি ব্যাসদেবনা শ্রীহরিবু অমসুং মাগী বহিরঙ্গ শক্তিবু উপলব্ধি তৌবগী মতাঙদা প্রথম স্কন্ধদা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকখ্রবনি। বহিরঙ্গ শক্তিবু ভগবান্না থুদুম চল্লী। মরমসিনা জীবাত্মানা জ্ঞান স্বরূপ ওইরবসু বহিরঙ্গ শক্তিনা থুদুম চনবগী ফীভমদদি মহাক ভগবান্গী ইচ্ছাগী মথা পোল্লী। ভগবদ্গীতাসু (১৫।১৫) বাক্যম অসি হায়রি; ভগবান্দি জীব খুদিংগী থম্মোইদুংদা লৈ অমসুং জীবাত্মাগী খঙবগী অমসুং কাউবগী থবক অসি ভগবান্গী প্রভাবনা ওইরিবনি।

হৌজিক মহানা মথা তাজরক্কদবা বাহংদি অসিনি—করিগীদমক জীবাত্মাগী খঙবা অমসুং কাউবগী থবক অসি ভগবান্না ওইহল্লিবনো? মদুগী পাউথুমদি অসিনি, জীবনা ভগবানগী অংশ অমা ওইনা মাগী স্বরূপকী ওইনা তৌষম থোকপা ভগবান্গী সেবা তৌদুনা ভগবান্না মাবু লৈহল্লীংবনি; অদুবু জীবসু ভগবান্গী নীঙতম্বগী শরুক থরা ফংবনিনা, মহাক ভগবানবু সেবা তৌনীংদবা য়াই, অদুগা ভগবান্দোমা নীঙতম্বা ওইনবা হোৎনবা য়াই। ভক্ত নত্তবা জীবশিংদি ভগবান্গা চপ মান্নবা

শক্তি লৈবা ওইজনীংঙী, মতুম্না ওইবদা মখোয় মতীক চাত্রবনু। জীবশিংসি ভগবান্গী ইচ্ছা মতুং ইন্না মায়াগী মখা। পোল্লিবনি মরমদি মখোয়না ভগবানুগুম্বা অমা ওইনীংঙী। নিংথৌ ওইবগী গুণ অমতম্ চেন্দবা মী অমনা নিংথৌ ওইগে খনবগুম্না জীবনা ভগবানত্তুমক ওইনীংলকপা মতমদা মহাক নিংথৌনি হায়না মঙ মঙবগী ফীভমদা মহাকপু থম্মী। মরমদুনা জীবগী অহানবা পাপকী ওইবা ইচ্ছাদি ভগবান্ ওইনীংবনি; মত্তুদগী ভগবান্গী ইচ্ছা লাক্পদি মীচুনা মাপ্পী অওইবা পুল্লী কাউথোকপা অদুগা ভগবান্গুম্বা অমা ওইনবা মঙ-লৈবাক (স্বপ্নরাষ্ট্র) অমা মঙথৎপা হায়বদুনি। অকপ্পা অঙাঙনা মমাদা নোংদোন থাজ পীয়ু হায়বা মতমদা মমাদুনা থাগী মমি তাবা ঙুংশেল অমা মচাদা পী। মতৌ অদুম্না ভগবান্গী মচা অঙাঙনা (জীবনা) মমি ওইবা প্রাকৃত জগৎ পীরগা 'কর্ম্মী' অমা ওইনা জগৎকী মপু ওইহন্নবা তৌরি, অদুদগী মপু ওইবা ঙমদদুনা নীঙবা কায়রবা মতমদা ভগবান্দা তিন্নবা তৌহল্লী। হায়বিবা মতাঙ অনীসি মমঙ মঙবগী মায়া ঙাক্তনি। করম্বা মতমদগী জীবনা ফীভমসি পাম্বা হৌথিবগী রাত্রী রাখোঙ থিরুবগী কান্নবা লৈতে। অদুগা অসিমদি শোয়দ্রবা রানি মত্তুদি মহাক্না মপু ওইবা হেক পাম্বগা ভগবান্গী য়াথং মতুং ইন্না 'আত্মমায়া'-না মাবু খুত্তুম চল্লী। মরমসিনা প্রাকৃত জগৎতা লৈবা মতমদা জীবনা "মসি ঐগীনি" অদুগা "মসি ঐনি' হায়না শেরান্নবা থল্লী। বদ্ধজীবনা মাগী প্রাকৃত দেহবু 'ঐ' হায়দুনি খনবা অদুগা প্রাকৃত দেহগা মরী লৈনবা পোৎ খুদিংমকপু 'ঐগীনি' হায়না শেরান্নবা খনবা—অদুনি মাগী মঙদি। অসুম্না মঙ ওইনা 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বদু শেরান্নবা মপোক খুদিংদা লৌয়ি। হাযরিবা মতৌসি মপোক খুদিংদা অসুম চথগনি জীবদুনা মহাকসে ভগবানগী অংশনি হায়বা মাগী স্বরূপ অদুবু তশেংনা খঙড্রিমখৈ।

অসিগুম্বা মঙসে মহাক্কী শুদ্ধ উপলব্ধি লাকপা মতমদদি মাঙখিগনি, শুদ্ধ উপলব্ধি তৌরবা মতমদা জীবনা মহাক ভগবান্ নত্তে হায়বসি কাউবরোই; মহাক প্রাকৃত নত্তবা প্রেমদা ভগবান্গী মনাইনি হায়বসিসু কাউররোই।

শ্লোক ২

**বহুরূপ ইবাভাতি মায়য়া বহুরূপয়া।**
**রমমাণো গুণেষস্যা মমাহমিতি মন্যতে ॥ ২ ॥**

বহুরূপঃ—শক্তা ময়ামগী ওইবা মী, ইব—গুম্না; আভাতি—ঙানগনি, উৎকনি; মায়যা—বহিরঙ্গা মায়ানা, বহুরূপয়া—শক্তা ময়ামদা; রমমাণঃ—নুংঙাইবা শাদুনা; গুণেষু—প্রাকৃত গুণশিংদা; অস্য—মাগী (বহিরঙ্গ মায়াগী); মম—ঐগী; অহম্—ঐ; ইতি—অদুম্না; মন্যতে—খল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শক্লোল-পুবা মায়াগী খুঙ্গীপ্না জীবনা (মী-লাইনচিংবা অঙাঙপাথঙ অহন্নচিংবা) মথল ময়ামগী শক লৌদুনা উৎলী, অদুগা মায়াগী গুণশিংদা লুপ্পুনা 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়না খল্লী।

নৈনরোল

জীবশিংগী মওং মথেল মথেলশিংসি মখোয় মখোয়না পাম্বা প্রাকৃত গুণশিংগী মতুং ইন্না ভগবান্গী বহিরঙ্গা মায়ানা পীবা খিশেৎ মথল মখল্লি। মাগী প্রাকৃত মায়াগী সত্ত্ব-রজ তম কৌবা গুণ অদুম্মি। মরমদুনা জড় প্রকৃতিদফাওবা জীবগী মনীঙতম্না অপাম্বা খন্নবগী তান্জা ফংঙী; মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না প্রকৃতিনা মঙোন্দা দেহ মথেল মথেল পী। জীবগী জড় দেহগী মথলসি ঈশীংদা ৯০০,০০০-নি, মনামশীঙগীদি ২০,০০০০০-নি, তীন অমসুং পুকশীংপগী মশীঙনা ১১,০০,০০০-নি উচেক্কী মথন্না ১০,০০,০০০-নি, শাগী মথন্না ৩০,০০,০০০ নি অদুগা মীওইবগী মশীঙনা ৪০০,০০০-নি।

লোইনমক্কা ব্রহ্মাণ্ডগী লোক ময়াম পুম্বদা লৈরিবা জীবগী দেহ মখল্দি ৮৪, ০০, ০০০-নি, অদুগা জীবনা মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মপোক কয়ারক কোয়না চৎপগুম পোক্লি। জীবগী ওইরিবা থোই-দোকপা দেহ অমদা অহোংবা য়াম্না লৈ, মদুদি অঙাং নাত্তা ওইবদগী নীপামচা ওইরকপা, অদুদগী পাখঙ ওইরকপা, পাখঙ ওইরম্বদগী হনুশল্লকপা, হনুবদগী মাগী কর্ম্ম মতুং ইন্না অতোপ্পা দেহ অমা লৌবা। জীবনা মছাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মরম্নাই ওইনবা হকচাঙ সৃষ্টি তৌজৈ, অদুগা ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ মায়ানা জীবদা মাগী অপাম্বদু খমথেংনা ফংবা ঙম্নবা চপচাবা দেহমত্তাদু পী। কৈনা অতোপ্পা শাগী ঈ চুপ্পা পাম্মী, মবমদুনা ভগবান্‌গী কৃপানা প্রকৃতিনা মঙোন্দা অতোপ্পগী ঈ চুপ্পা য়াননবা দেহ মত্তাদু পী। মতৌ অদুগুম্না, হেন্না য়াংবা লোক অমদা দেবতা ওইনা পোক্লুবা পাম্বা জীবদা দেবতাগী দেহদু ফংজৈ। মহাক্না জ্ঞান তাজরবদি ভগবান্‌গী নাক্তা লৈথা য়াননবা চিন্ময় দেহ অমা ফংগে হায়না পামজবা য়াই। অদুগা মদু মহাক্না শোয়দনা ফংগনি। মরমদুনা জীবগী নীতম্বা খুজীম্কুংদু মপুঙফানা শীজন্নবা য়াই, অদুগা ভগবান্দি কয়ামুক থোজাল হৈবগে হায়ববু জীবদুনা পামজবা দেহদুমক মঙোন্দা ভগবান্না অদুম পীবিগনি। জীবনা পাম্বদি সনাগী চীঙদম অমা ফংগে হায়না মঙ মঙবগুম্বনি। চীঙ করিনো হায়বা মী খুদিংনা খঙজী অদুগা সনা করিনো হায়বসু মহাক খঙজী। মহাক্না পাম্বদগী সনাগী চীঙদুম অমা মমঙদা উই অদুগা মঙ মঙবা লোইরগা অতোপ্পা পোৎ অমা মমাঙদা উই। মহাক্না মীৎকপ থোক্লকপদা সনাসু লৈরমদ্রে অদুগা চীঙসু লৈরমদ্রে, সমাগী চীঙদুম উবদি লায়রদুনা।

প্রাকৃত জগত্তা জীবশিংগী হকচাঙ মখল মখল উৎপদা মখোয়গী ফীভম তোঙান তোঙানবা লৈরি-বসিগী মরমদি 'ঐগী' অমসুং 'ঐ' হায়বসি শেরান্নবা লৌবননি। জগৎসিবু 'ঐগীনি' হায়না কর্ম্মী অমনা থল্লী, জ্ঞানীনা পোৎ লৈরিবা খুদিংমক 'ঐনি' হায়না থল্লী। রাজনীতি, অর্থনীতি, বিশ্বপ্রেমচিংবা বিষয়গী মরমদা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা লৌবিবা মওং খুদিংমক শেরান্নবা পুরিবা 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বনা যুক্ষম ওইরগা লৌবনি। মসুম্না তৌবসি জীবনা প্রাকৃত জীবন অসিবু ভোগ তৌনীংবদগীনি।

হকচাঙ অমসুং সমাজবাদ, জাতীয়তাবাদ, পরিবারগী নুংশিব-নচিংবা য়াখল মখল ময়ামগী মতুং ইন্না হকচাঙ ফংনবা মকমগা জীব মছাগা অমতনি হায়বসি জীবগী অওইবা স্বভাব করিনো হায়বা কাউবদগীনি অমসুং কনঙাওনরবা জীবগী অরানবা য়াখল পুম্নমকসে শুকদেব গোস্বামী অমসুং মহারাজ পরীক্ষিৎ অনীসিগা সঙ্গ তৌরবদা কোকপা ঙমগনি হায়না শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না তাক্লী।

শ্লোক ৩

**যর্হি বাব মহিম্নি স্বে পরস্মিন্ কালমায়য়োঃ।**
**রমেত গতসম্মোহস্ত্যক্ত্বোদাস্তে তদোভয়ম্ ॥৩॥**

যর্হি—করিগুম্বদা; বাব—লেপ্পমক; মহিম্নি—মহিমাদা; স্বে—মছাগী; পরস্মিন্—পরতত্ত্বদা; কাল—মতম; মায়য়োঃ—মায়াগী; রমেত—নুংঙাই; গতসম্মোহঃ—পঙথবা-কোক্লবা; ত্যক্ত্বা—থাদোক্লুনা; উদাস্তে—মপুঙফানা; তদা—মতমদুদা; উভয়ম্—অনীমক (ঐ অমসুং ঐগী হায়বা শেরান্নবা য়াখল)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**জীবাত্মানা মাগী স্বরূপকী মহিমাদা লৈরবা অদুগা কাল (মতম) অমসুং মায়াগী য়াংমদা নুংঙাইবা হৌরবা মতমদা মহাক্না পুক্নিংগী শেরান্নবা য়াখল (ঐ অমসুং ঐগী হায়বা) অনী খুদক্তা থাদোকয়ি অমসুং শুদ্ধ-আত্মা ওইনা লৈরকয়ি।**

### নৈনরোল

পুন্সিগী শেয়াল্লবা ৱাখল অনী হায়ৱদি 'ঐ অমগী ঐগী' হায়ৱা ৱাখল অনীসি মী কাংলুপ অনীদা তশেংনা উবা ফংঙী। তোঙ্কৱা মতাঙদা 'ঐগী' হায়ৱা ৱাখলসি য়াম্না ময়েক লানা উবা ফংঙী, অদুগা ৱাংথৎপা মতাঙদা 'ঐ' হায়ৱা শেয়াল্লবা ৱাখলসি তশেংনা উৎলি। শাশিংগী পুন্সিদা 'ঐগী' হায়ৱসি উবা ফংঙী; করি হায়নি হুই-হৌদোংগী জাতিদসু উবা ফংঙী; মথোয়সিনা 'ঐগী' হায়ৱা ৱাখল্দগী মথোয় মশেল লাপ্লেংমৈ। মীওইবগী মৱক্তসু তোঙ্কৱা মতাঙদা হায়রিবা ৱাখলসি শেংনা উবা ফংঙী, ৱাখলসিগী মওংদি—মসি ঐগী দেহনি, মসি ঐগী য়ুম্নি, মসি ঐগী ইমুং মন্নুংনি (পরিবারনি); মসি ঐগী বর্ণনি, মসি ঐগী জাতিনি, মসি ঐগী দেশনি, অসিনচিংবা। জ্ঞান লাক্তুনা অৱাংবা থাক্তা 'ঐগী' হায়ৱসি 'ঐনি নত্রগা লোয়নমক্তি ঐনি' হায়হুনা অহুম মৱৈ। 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়ৱা শেয়াল্লবা ৱাখলসি থনবা মী কাওলুপ য়ামগ্রে। অদুবু 'ঐ' হায়ৱসিগী অর্থ শেংনা খঙবা তারৱদি ঐদি ভগবান্গী নিত্যদাস (মতম পুম্বগী ওইবা মনাই) অমনি হায়ৱসি উপলব্ধি তৌৱবদদা খঙগদবনি। মসিবু শুদ্ধ-ভাবনা (শেংলবা ৱাখল) কৌয়ি, অদুগা বৈদিক সাহিত্য পুম্বনা ঐখোয়দা তম্বীরিবদি পুন্সিগী ৱাখল অসিওনি।

ঐ ঈশ্বরনি হায়ৱদি ঐ পরতত্ত্ব অদুনি হায়ৱসিনা ঐগী হায়ৱা ৱাখলদগী অমুক হেন্না থুদোঙ থীনঙাইনি। কনাগুম্বনা মভাবু ভগবানগা অমতা ওইমিল্লবা হায়ৱা ৱাখলসি পোক্লবা ৱা কয়া বৈদিক সাহিত্যশিংদা য়াওরবস্ত্র মহাক হীরম শুনা ভগবাম্মক্তি হায়ৱা অর্থহু নত্তে। মায়কৈ অয়াম্বদা ভগবান্গা জীবগা অমতা ওইবগী ৱা য়াওরি হায়ৱসি চিংননঙাইদি লৈতে হায়ৱবু মমৈদ মমৈদদি জীবদি ভগবান্গী মথা পোল্লী, মাগী স্বরূপ ওইবগী হায়রগদি মহাক ভগবান্গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহল্লবা লৈবনি। মৱমসিনা ভগবান্না জীবদা মশাবু ভগবানদা সমর্পণ (কথোকপা) তৌনবা হায়রিবনি। জীবাত্মাশিংসি ভগবান্গী ইচ্ছাগী মথা পোম্রবদি করম্না মঙোন্দা আত্মসমর্পণ তৌ হায়গদগে? মায়কৈ পুম্বদা জীবনা ভগবান্গা মাল্লরবোইদি মাবু করিগীদমক মায়াগী মথা পোলহনবনো? মায়াদি ভগবান্গী মথা পোল্লি হায়ৱসি কয়ারক হল্লা নৈনগ্রবা ৱানি। প্রকৃতিদি ভগবানগী মথা পোল্লী হায়ৱসি ভগবদ্গীতানা হায়রি (৯।১০)। ভগবান্গা মাল্লে হায়জবা জীব কনানা প্রকৃতিবু থুহুম চন্বা ঙম্বগে? অপঙবা 'ঐ' হায়ৱহুনা তুংদা ঙমগনি হায়না খুল্লকনি। ভগবান্না প্রকৃতিবু থুহুম চনবগুম্না জীব মাসু তুংদা প্রকৃতিবু মাগী মথা থোংহনগনি হায়ৱসি ঐখোয়না য়ারৱসু করিগীদমক হৌজিক মহাক প্রকৃতিগী মথা পোল্লিবনো? ভগবান্দা আত্মসমর্পণ তৌৱবা জীবহুতনা মায়াগী মথুত্তগী নাম্থোকপা ঙম্মী হায়না ভগবদ্গীতানা হায়, অদুবু আত্মসমর্পণ তৌদ্রগদি জীবনা মায়াদগী নাম্থোকপদি সুকঙম ঙম্মোই। মৱমহুনা জীব খুদিংনা ভক্তিযোগ তৌহুনা হায়ৱদি ভগবানগী প্রেম সেবাদা লুপহুনা 'ঐ' হায়ৱা শেয়াল্লবা ৱাখল্দু থাদোক্কদবনি। লৈত-লাইৱবা কনাগুম্বা অমনা থবক অমতা তৌদবনা মপুন্সিদা অৱাবা মযাম যংঙী, অদুবু মমাইবক লৈহুনা মানা সরকারগী থবক অফবা অমতং ফংলবদি মহাক খুদক্তা মুংঙাইবা ফংঙী। শক্তি পুম্নমক্কী মপু ভগবান্না পরতত্ত্বনি হায়ৱসি য়াদবনা কাল্লবা ফংলোই, অদুগী শরুকপুদি জীবনা মাগী মহিমাদা হায়ৱদি মহাক ভগবান্গী নিত্যদাসনি হায়ৱসি খঙহুনা লৈবা কৈ। জীবগী পুন্সিদা মায়াবদ্ধ ওইরিবমখৈ মহাক মায়াগী মনাইনি অদুগা মুক্ত অবস্থাদা মহাক ভগবান্গী মায়া পঙ্ক্‌রা মনাইনি। প্রাকৃত গুণনা চুদবা ঙমলবদি মদুনা ভগবৎ সেবাদা চঙনবগী মতীক চাবা গুণনি। কনাগুম্বনা ওইদবা ৱাখলগী মনাই ওইরিবমখৈ 'ঐ অমসুং ঐগী' হায়ৱা রোগসিদগী মপুঙ ফানা নাম্থোকপা ঙম্মোই।

পরতত্ত্ববু মায়ানা মোংহনবা ওমদে মরমদি মহাক্তি মায়াগী মবুংঙোনি। অমগা অমগা মরী লৈনবা সত্তাশিংদি মায়াদা লুপকল্লী। অদুমকপু কনাগুম্বনা পরতত্ত্ববু মায়োক্লবনা মুমীৎকা মায়োক্ল-বগুম্না চপ চাবা থকক ওই। মুমীৎনা কোকথক্তা লৈবা মতমদা মুমীৎকী মঙাল মপুঙ ফাই, অদুগা মুমীৎপু অতিয়াদা উদ্রবা মতমদা অমম্বা ওই। মতৌ অদুগুম্না কনাগুম্বনা ভগবান্‌গা মায়োক্লবা মতমদা মহাক মায়াদগী নাম্থোকয়ি, অদুম তৌবা নত্তবা মতমদা মায়াগী অমম্বদা মহাক লৈ। রাকমসি ভগবদ্গীতানসু হায়রিবনি মদুদি (১৪।২৬):

মাং চ যোঽব্যভিচারেণ ভক্তিযোগেন সেবতে।
স গুণান্ সমতীত্যৈতান্ ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥

মরমসিনা ভগবান্‌বু পূজা তৌবা, ভগবান্‌গী গুণ কীর্ত্তন তৌবা, অচুম্বা মীতাদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবা অদুগা শুদ্ধ ভক্তশিংগা মতম পুম্নমক্তা সঙ্গ তৌবা অসিনচিংবা ভক্তিযোগসি থরাই য়াওনা সাধন তৌফে। (শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবদি শেম্লানবা পাঠক অমদগী তৌগদবা নত্তে মহানা পুন্সিগী ভাগবত অমা ওইনা লেনবা মীতাদগী শ্রবণ তৌগদৌবা ওই)। সাধক ভক্ত অমনা 'ঐ অমসুং ঐগী' হায়বা শেরাম্লবা রাখলসিনা মহাবু হোইহল্লোইদবনি। কর্ম্মীশিংদি 'ঐগী' হায়বা রাখলসি য়াম্না পামজে অদুগা জ্ঞানীশিংনা 'ঐ' হায়বা রাখলসি য়াম্না পামজে, অদুগা মথোয়-নীমক মায়াগী থুত্তগী লাম্থোক্লবা মতীক চাবা ওমদে। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অদুগা মরু ওইনা ভগবদ্গীতা—লাইরীক অনীসি 'ঐ' অমসুং ঐগী' হায়বা শেরাম্লবা রাখল অসিদগী উদ্ধার তৌবিনবা লাইরীক্নি; শ্রীলব্যাসদেবনা সংসারদা পুথরবা (পতিত) মীবু লৌখৎপীনবা হায়দুনা লেংলম্বনি। জীবনা মায়াগী রাংমদা লৈনবা তৌগদবনি, ফীভমদুদদি মতম নত্তগা মায়াগী প্রভাব লৈতে। মায়ালাংদা থুরিবা জীবদি ওইথ্রবা, ওইরিবা অমদি ওইরক্কদৌবা হায়দুনা মতমগী মথা পোল্লী। জ্ঞানীশিংনা বাসুদেব হায়বদি পরব্রহ্ম ওইননবা জ্ঞান-চর্চ্চা তৌদুনা অদুগা 'ঐ' হায়বসিবু জয় তৌদুনা মতমগী প্রভাবপু জয় তৌনবা হোংনৈ। অদুবু মথোয়গী হোংনবদু ছিদ্র লৈতবদি নত্তে। ছিদ্র লৈতবা মতৌদি বাসুদেববু হীরম খুদিংমক্তা পরতত্ত্বনি হায়না লৌবা অদুগা জ্ঞান-চর্চ্চাগী মপুঙফাবা হায়বদুদি বাসুদেবদা আত্মসমর্পণ তৌবনি মরমদি বাসুদেবদি লোইনমক্কী থোরকফম্নি। রাখল অদু তৌরবদদা 'ঐ অমসুং ঐগী' হায়বা শেরাম্লবা রাখল্সিদগী নাম্থোকপা ওমগনি। রাকমসি ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ অনীমক্না হায়রিবনি। শ্রীলব্যাসদেবনা মায়াবদ্ধ জীবশিংগীদমক আত্মতত্ত্ব অমসুং ভক্তিযোগ অসি পীবিরম্বনি, অদুনা মায়াবদ্ধ জীবনা মহান তত্ত্বসি খঙনবা হোংনগদবনি।

শ্লোক ৪

**আত্মতত্ত্ববিশুদ্ধ্যর্থং যদাহ ভগবানৃতম্।**
**ব্রহ্মণে দর্শয়ন্ রূপমব্যলীকব্রতাদৃতঃ ॥৪॥**

আত্মতত্ত্ব—ভগবান্ অমসুং জীবাত্মাগী তত্ত্ব; বিশুদ্ধি—শেংদোকপা; অর্থম্—মরম; যৎ—মদু; আহ—হায়রম্মী; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; ঋতম্—অওইননা; ব্রহ্মণে—ব্রহ্মাদা; দর্শয়ন্—য়েংহন্দুনা; রূপম্—শক; অব্যলীক—করিগুম্বা লৌনমগে হায়বা রাখন্ য়াওদবমথৈ; ব্রত—ব্রত; আদৃতঃ—লুনা তৌরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ হরিনা ব্রহ্মাগী হৃদি-শেংনা তৌবা তপস্যাদুদা পেল্লদুনা ভগবান্না মাগী সত্যস্বরূপ চিন্ময় স্বরূপ অদু উহন্দুনা ভগবৎ-ভজনগী রা তাকপিথিবদো জীবগী তত্ত্বজ্ঞান ওইননবগীদমক্নি।

## নৈনরোল

আত্মতত্ত্বদি ঈশ্বর অমসুং জীবগী স্বরূপ খঙনবা বিদ্যানি। ভগবান্ শ্রীহরিনে জীবনে অনীবু আত্মা হায়না খঙনৈ। পরম ভগবানবু পরমাত্মা কৌয়ি অদুগা জীববুনা আত্মা, ব্রহ্ম নত্রগা জীব, কৌয়ি। পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা অনীসি মায়াগী রাংমদা লৈবা মরম্না আত্মা কৌয়ি। মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীনা পরমাত্মা অমসুং জীবাত্মাবু বিশুদ্ধি তৌননবা হায়না শ্লোক অসি ইরিবনি। তত্ব অনীসিগী মরমদা অয়াম্বা মীনা শেরাম্নবা রাখল পুই। জীবাত্মাগী শেরাম্নবা রাখন্দি প্রাকৃত দেহগা আত্মাগা অমতনি হায়বা অসিনি, অদুগা পরমাত্মাবু শেরাম্ননা খনবনা মহাক্না জীবাত্মা চপ মান্ননা লৌবা অসিনি। অদুবু রাখল অরানবশিংসে ভক্তিযোগ মচেৎ অমখক্না কোকহনবা ঙম্মী, অদুদি মুংশাদা মুমীৎ জগৎপুম্বনে অদুগা জগত্তা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কে চপচানা উবা ফংবগুম্না। অমম্বদদি কনামতনা মুমীৎপুম্ব উদে অদুগা মহাক মছামকপু ফাওবা উদে অমসুং জগৎপুম্ব উদে। অদুবু মুংশাদদি মী অমনা মুমীৎপুম্ব মছাবুম্ব অদুগা মাগী অকোয়বদা লৈবা পোৎ পুম্ববুম্ব উই। অরানবা রাখল অনীমক কোক্নবা হায়দুনা ভগবান্না ব্রহ্মাগী পুক্চেল-শেংনা ভক্তিযোগগী ব্রত লৌবদুদা পেনবিরদুনা মছামকপু ব্রহ্মাদা দর্শন পীবিখি হায়না শুকদেব গোস্বামীনা হায়। ভক্তিযোগ নত্তনা অতৈ উপায় খুদিংদি আত্মতত্ত্ব উপলব্ধি তৌবদা তাংকী ওইনা মমৈদা থোক্কনি।

ভগবানবু চপচানা খঙবদি ভক্তিযোগদনা খঙগনি হায়না ভগবদ্গীতাদা ভগবান্না হায অদুদগী ভগবান্গী তত্ত্বদা চঙবা য়াগনি। ব্রহ্মাজিনা ভক্তিযোগ সাধন তৌবদা তপস্যা য়াম্না কন্না তৌখি অদুনা মহাক্না ভগবান্গী চিন্ময় মূর্তিদু দর্শন তৌখি। ভগবান্গী প্রাকৃত-নত্তবা মূর্তিদু চিন্ময ওাক্কনি, কনাগুম্বনা পুঙশেং-শেংবা ভক্তিযোগদা তপস্যা চপচানা তৌরবা মতুঙদা ফংলকপা দিব্যচক্ষুনা ভগবানবু উবা ঙমগনি। ব্রহ্মাদা উৎপা ভগবান্গী রূপ অদু প্রাকৃত জগত্তা ঐখোয়না খঙনরিবা মূর্তিশিংসিগী মদুংদা অমতা নত্তে। ব্রহ্মাজিনা প্রাকৃত মূর্তি অমা উমনবগীদমক অদুক হক্না শাথিবা তপস্যা তৌবমদে। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্গী রূপকী মরমদা হংখিবা রাহং অদুগী পাউখুম পীবে। ভগবান্গী মূর্তিদি সচ্চিদানন্দনি হায়বদি সৎনি (মতমপুম্বগীনি, নিত্যনি), চিৎনি (জ্ঞান ওাক্কনা শাবনি) অমসুং আনন্দনি (মুংঙাইবগী মুংঙাইবা ওাক্কনি)। জীবগী প্রাকৃত রূপশিংদি সচ্চিদানন্দ নত্তে। অসুম্না ভগবানগী রূপকা মায়াবদ্ধ জীবগী রূপকা খেন্নরিবনি। মায়াবদ্ধ জীবনা মাগী সচ্চিদানন্দময় ওইবা রূপ অদু ভক্তিযোগগী মাপান্না অমূক হন্না ফংবা য়াই।

শম্না হায়রবদা মায়াবদ্ধ জীবনা অজ্ঞান ওইবদগী অনিত্য ওইবা প্রাকৃত রূপ মখল মথেন্গী রূপ লৌবিবনি। অদুবু ভগবান্গীদি মায়াবদ্ধ জীবশিংগুম্না অনিত্য দেহ লৈতে। মহাক্কি মতম পুম্নমক্তা সচ্চিদানন্দ ওইদুনা লৈ; মসিনি ভগবানগা জীবাত্মাগা খেন্নবা হায়বদু। খেন্নবসি কনাগুম্বনা খঙগে হায়রবদি ভক্তিযোগতনা পাম্বৈ ওইবগা খঙগনি। অদুদগী ভগবান্না ব্রহ্মাদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ সারাংশদু শ্লোক মরিদা হায়বন্মী। অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্সি কনাগুম্বগী মপুক্থোক্কী রা নত্তে। শ্রীমদ্ভাগবতমগী শব্দদি (খোন্দি) প্রাকৃত নত্তে অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী শব্দদা ওংবদি বেদগী শব্দনা ওংবগুম্বনি। অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্না নৈনবা বিষয়দি ভগবান্ অমসুং জীব অনীমকী তত্ত্বকথানি। মতম্নাইনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ অদুগা শ্রবণ তৌবদি ভক্তিযোগগী সাধন অমনি, অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতমগা সঙ্গ তৌবদনা খ্বাইদগী রাংবা সিদ্ধি ফংগনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না থোঙ ওইদুনা শুকদেব গোস্বামীনে অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনে অনীমক সিদ্ধি ফংখি।

## শ্লোক ৫

**স আদিদেবো জগতাং পরো গুরুঃ স্বধিষ্ণ্যমাস্থায় সিসৃক্ষয়ৈক্ষত।**
**তাং নাধ্যগচ্ছদ্ দৃশমত্র সম্মতাং প্রপঞ্চনির্মাণবিধির্যয়া ভবেৎ ॥৫॥**

সঃ—মহাক; আদিদেবঃ—অহান্‌বা দেবতা, (ব্রহ্মা); জগতাম্—জগৎকী; পরঃ—পুঙথোই-থোইবা; গুরুঃ—গুরু; স্বধিষ্ণ্যম্—মহাক্কী থম্বাল-আসন, আস্থায়—মরু থিনবা; সিসৃক্ষয়া—সৃষ্টি তৌনীংদুনা; ঐক্ষত—রাখল খনবা হৌখি; তাম্—রাযমদু; ন—নত্তে; অধ্যগচ্ছৎ—খঙলম্মী; (ন অধ্যগচ্ছৎ—খঙলমদে); দৃশম্—পাওতাক; অত্র—অদুদা; সম্মতাম্—চপচাবা মত; প্রপঞ্চ—প্রকৃতি; নির্মাণ—শাগৎপা; বিধিঃ—মতৌ; যযা—মদুনা; ভবেৎ—ওইফম থোকযি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎকী পরমগুরু আদিদেব ব্রহ্মানা মহাক্কী আসন থম্বালগী মরু থিবা ঙমমদে। অদুনা জগৎ শেমগে হায়না খল্লম্বা মতমদা মহাক্না অসিগুম্বা সৃষ্টিগী পাওতাকসু খঙলমদে অদুগা অসিগুম্বা সৃষ্টিগী মতৌ কররনো হায়রদুসু খঙলমদে।

## নৈনরোল

শ্লোকসি ভগবানগী দিব্য স্বরূপকী অমসুং দিব্যধাম বর্ণন তৌনবগী রাহৌদোক্নি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহৌবা শরুক্তা পরতত্ত্ব ভগবান্দি মাগী ধামদা মায়ানা শোকপা ঙমদবমথৈ লৈ হায়। মরমসিনা ভগবানগী রাজ্য হায়বসে ওইদবা রাশেম নত্তে, তশেংনমক বৈকুণ্ঠ হায়না খঙনরিবা লোক ময়ামগী প্রাকৃত নত্তবা মংগল অমনি। রাফমসিসু নৈনরিবা অধ্যায়সিদা বর্ণন তৌগনি।

প্রাকৃত আকাশগী রাংমদা লৈবা পররোম হায়বদি বৈকুণ্ঠ আকাশগী রা থঙবদি ভক্তিযোগতনা পাম্বে ওইরগা খঙগনি। ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌনবা শক্তিসু ভক্তিযোগগী পাম্বেনা ফংথিবনি। ব্রহ্মাজিদো সৃষ্টিগী মরমদা জ্ঞান তারমদে অদুগা মহাক্না লৈরম্বা থম্বাল-আসন অদু কদায়দগী হৌরকপনো হায়বফাওবা খঙলমদে। মরম পুম্নমক্তি মহাক্না খঙলকপদি ভক্তিযোগ সাধন তৌরগা খঙথিবনি। ভক্তিযোগনা পাম্বে ওইরগা ভগবান্‌বু খঙগনি, ভগবান্‌বু পরতত্ত্বনি হায়বা খঙলগা পুম্নমকপু খঙবা ঙমগনি। পরতত্ত্ববু খঙলবদি মাথত্তবা অতৈ পুম্নমকসু খঙগনি। মসি বেদগী রানি। ব্রহ্মাওগী অহান্‌বা গুরু ফাওবা ভগবান্‌গী কৃপানা জ্ঞান ফংথিবনি, অদুনা কনা অমনা ভগবান কৃপা য়াওদ্রবসু মপুঙফানা করি খঙবা ঙমগদগে? কনাগুম্বনা করিগুম্বা হিবম অমা চপচানা খঙনীংলবদি ভগবানগী কৃপা নিজবা তাই, অসি নত্তবা উপায অমা লৈত্রে। কনাগুম্বনা মবম্নাই পাঙম্না জ্ঞান তাম্নবা হোৎনবদি নামৎ মাঙতনতা তোক্ননি।

## শ্লোক ৬

**স চিন্তয়ন্ দ্ব্যক্ষরমেকদাম্ভস্যুপাশৃণোদ্ দ্বির্গদিতং বচো বিভুঃ।**
**স্পর্শেষু যৎষোড়শমেকবিংশং নিষ্কিঞ্চনানাং নৃপ যদ্ধনং বিদুঃ ॥৬॥**

সঃ—মহাক্না; চিন্তযন—খল্লিনৈদা; দ্বি—অনি; অক্ষরম্—ময়েক; একদা—নোংমা; অম্ভসি—ঈশীংদা; উপাশৃণোৎ—নক্না নাকোঙদা তাখি, দ্বিঃ—অন্নীরক; গদিতম্—হায়খিবা; বচঃ—রাহং; বিভুঃ—অচৌবা; স্পর্শেষু—স্পর্শবর্ণদা (ক-দগীনা ম-ফাওবা ময়েকশিংবু স্পর্শ বর্ণ কৌয়ি); যৎ—মদু; ষোড়শম্—তরাতরুকশুবা(ত); একবিংশম্—কুম্নাথোইশুবা(প); নিষ্কিঞ্চনানাম্—সংসারবিষয় পুমথা-থাদোক্লবশিংগী; নৃপ—হে ইনিংথৌ; যৎ—মদু; ধনম্—লম্নি; বিদুঃ—খঙনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না খল্লিখৈদা ঈশ্বীংদা ব্রহ্মাজিনা ময়েক অনীনা লেংবা বাহৈ অমা নক্না অনীরক উচ্চারণ তৌরকপা নাকোংদা তাখি। অহানবা ময়েক অহুনা স্পর্শবর্ণগী তরাতন্নকশুবা ময়েক (ত) অহুগা অনীশুবা ময়েক্না স্পর্শবর্ণগী কুম্মাথোইশুবা ময়েক (প) হায়বহুনি। ময়েক অনীসি সংসার -বিষয় থাদোক্লবশিংগী লম্নি হায়না খঙনৈ, হে ইনিংথৌ।

নৈনরোল

সংস্কৃত লোন্দা ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু কাঙলুপ অনী থোক্না থায়, মহুদি স্পর্শবর্ণ অমসুং তালব্য বর্ণ। ক-দগীনা ম-ফাওবা ময়েকশিংহ স্পর্শবর্ণ কৌয়ি অহুগা কাঙলুপসিগী তরাতন্নকশুবা ময়েকপু ত কৌয়ি অহুগা কুম্মাথোইশুবা ময়েকপুনা প কৌয়ি। ময়েক অনীসি তিন্নরগা তপ হায়বা শব্দসি শান্নিবনি। তপ হায়বা থবকসি ব্রাহ্মণশিংগী অমসুং সন্ন্যাসীশিংগী ফজবনি অমসুং লম্নি। ভাগবতম্গী দর্শন মতুং ইন্না মীওইবা খুদিংমক তপ অসি তৌনবগীদমক্নি, থবক অতৈগী নত্তে মরমদি তপ তৌবন্তনা আত্মা-উপলব্ধি হায়বহু ওইহন্নিবনি; ইন্দ্রিয় পেলহন্নবনা ওইগদবা নত্তে। আত্মা-উপলব্ধিনা মীওইবগী পুন্সিগী তৌগদবা মথৌনি, অতৈ থবক নত্তে। তপ তৌবা হৌবসি সৃষ্টি হেক হৌবা মতমদগীনি, তপ তৌখিবসি অহানবা হৌদোকপদি পরমগুরু ব্রহ্মাজিননি। মীওইপোক্কী মহৈ চাবদি তপস্যা তৌরগদা চাগদবনি, থন্না নানবা মওংদা চংপা শান্নমচংকী সভ্যতাদু নত্তে। চাবা, থকপা হন্নাওবা অমদি ভোগ হায়বসিনা ইন্দ্রিয় পেলহন্বা নত্তনা অতৈ অমা শাগী জাৎনা খঙদে। মীওইবদি ভগবান্গী নাক মরানুন্নাইদা হন্নবা তপস্যা তৌগদবনি। ব্রহ্মানা প্রাকৃত জগৎসিদা থোরক্লিবা ময়ামসি করম্না সৃষ্টি তৌগদগে হায়বসিদা জ্ঞান তান্নবা মতাঙদা অমসুং মানা ঈশ্বীং মসুংদা মাগী থম্বাল আসনগী মরু কদাবাইদা লৈরিবনো হায়না থিরকপা মতাঙদা তপ হায়বা শব্দসি অনীরক উচ্চারণ তৌরকপা তাখি। শিষ্য ওইনীংলিবা মীগী অনীশুবা মপোক্তি তপস্যা তৌবা হায়বসিনি। "উপাশৃণোৎ" হায়বা শব্দদি অর্থ-চেন্বা বাহৈনি। মসি উপনয়নগা মান্নৈ; উপনয়ন হায়বদি তপস্যাগীদমক দীক্ষাগুরুগী নাক্তা পুশন্বা হায়বনি। মরম অসিনা ব্রহ্মাজীবু শ্রীকৃষ্ণনা দীক্ষা পীখি, বাহম অসিমক ব্রহ্মাজী মন্তামক্না মাগী লাইরিক ব্রহ্মসংহিতাদা অচুম্বনি হায়রি। ব্রহ্মসংহিতাদা ভগবান ব্রহ্মানা শ্লোক খুদিংদা—গোবিন্দম্ আদি পুরুষং তম্ অহং ভজামি—হায়না শৈশকয়ি। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাবু শ্রীকৃষ্ণমক্না কৃষ্ণমন্ত্রদা দীক্ষা পীখি, অসুম্না মহাত্মা জগৎ সৃষ্টি তৌত্রিঙৈগী মনাঙদা বৈষ্ণব হায়বদি ভগবদ্ভক্ত অমা ওইখি। কৃষ্ণভক্তশিংনা লৌনন্নিবা অষ্টাদশাক্ষর (ময়েকতরানিপালগী) কৃষ্ণমন্ত্রদা ব্রহ্মাজীনা দীক্ষা ফংখি হায়বসি ব্রহ্মসংহিতানা হায়রি। ঐখোয়সু নীতি অসিমক চংলি মরমদি ঐখোয় ব্রহ্মা-সম্প্রদায়দা তিন্নী; মতৌ করম্না হায়রগা শিষ্য পরম্পরাগী মতুং ইন্না—ব্রহ্মাদগী নারদ, নারদমুনিদগী ব্যাস, ব্যাসদগী মধ্ব মুনি, মধ্ব মুনিদগী মাধবেন্দ্র পুরী, মাধবেন্দ্র পুরীদগী ঈশ্বর পুরী, ঈশ্বরপুরীদগী শ্রীচৈতন্য প্রভু, অসুম্না মথঙ মথঙ লাকপনা ঐখোয়গী দীক্ষাগুরু শ্রীমদ্ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ফাওবা তিন্নিবনি।

পরম্পরা তুংইন্না অসুম্না দীক্ষা ফংবা মীনা কল মান্নবা হায়বদি সৃষ্টিগী শক্তি ফাওবা ফংবা ঙমগনি। মন্ত্রসি শোন্বনা নিষ্কাম ওইবা শুদ্ধ ভক্তগী অমত্তা ঙায়বা পান্নৈনি। অসিগুম্না তপস্যাতনা ভগবান্গী ভক্তনা ব্রহ্মাগুম্না সিদ্ধি ফংগনি।

শ্লোক ৭

**নিশম্য তদ্বক্তৃদিদৃক্ষয়া দিশো বিলোক্য তত্রান্যদপশ্যমানঃ।**
**স্বধিষ্ণ্যমাস্থায় বিমৃশ্য তদ্ধিতং তপস্যুপাদিষ্ট ইবাদধে মনঃ ॥৭॥**

নিশম্য—নাকোঙনা তারগা; তৎ—মহু; বক্তৃ—রা ঙাঙবা মী (বক্তা); দিদৃক্ষয়া—কনানা রা ঙাঙলিবনো হায়বহু খিননবা; দিশঃ—মায়কৈ পুম্নমক; বিলোক্য—উরগা; তত্র—মফমহুদা; অন্যৎ—অতোপ্পা অমা; অপশ্যমানঃ—খিবা ফংনঙাই লৈত্রবা; স্বধিষ্ণ্যম্—মাগী থম্বাল-আসন্দা; আস্থায়—ফম্দা; বিমৃশ্য—খন্দুনা; তৎ—মহু; হিতম্—য়াইফবা; তপসি—তপস্যাদা; উপাদিষ্টঃ—মঙোন্দা তাকপীবা; ইব—গুম্না; আদধে—পীখি; মনঃ—পূক্নীং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না নাকোঙদা তারগা কনানা ঙাঙলক্লিবনো হায়না মায়কৈ মরিমক্তা কোয়েং য়েংখি। অহুবু মনাক অকোয়বদা কনামতবু উদবহুদা মহাক্কী থম্বাল-আসন্দা চেংনা ফমহুনা মঙোন্দা তাকখিবা মতুং ইন্না তপ তৌবনা ফগনি হায়না খল্লম্মী।

নৈনরোল

পুন্সি মহৈ য়াম্নবগীদমক সৃষ্টিগী অহানবা জীব ব্রহ্মাজীগী মতৌ ঐথোয়না তমগদবনি। ভগবান্না মহাকপু তপস্যা তৌ হায়না দীক্ষা পীরবা তুংদা তপস্যা তৌগে হায়না ব্রহ্মানা মপূকচেল চপ লেপগি; মহাক্না মনাক্তা কনামতবু উম্নমত্রবসু খোন অহু পবমেশ্বর ভগবান্না থোকচল্লকপনি হায়বহু মহাক্না চপ চানা খঙখি। মতমহুদা লৈরম্বা জীবসি ব্রহ্মা মথন্তনি মরমদি অতোপ্পা সৃষ্টি লৈরমদ্রি অহুগা মহাক নত্তুনা অতৈ কনামতা খিবা খঙলমদে। ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্ধগী অহানবা অধ্যায়গী অহানবা শ্লোক হৌবদা ব্রহ্মাবু মমুঙদগী দীক্ষা পীখিবনি হায়বসি হাম্লনা পনগ্রবনি। ভগবান্দি জীব খুদিংগী মমুঙদা পরমাত্মা ওইনা লৈ। ভগবান্না ব্রহ্মাবু দীক্ষা পীবগী মরমদি ব্রহ্মানা দীক্ষা লৌবহু পামজরম্মী। মতৌ অহুগুম্না দীক্ষা ফংবা পাম্বা মীপুম খুদিংদা ভগবান্না দীক্ষা পী।

হাম্লসু হায়গ্রে, ব্রহ্মাদি ব্রহ্মাণ্ডগী অহানবা (আদি) দীক্ষা গুরুনি। মহাকপু ভগবান্মক্না দীক্ষা পীবনিনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী কথাহু শিষ্যপরম্পরা মতুং ইন্না মথঙ মথঙ চংথরকপনি। অহুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ বা অংশেঙবা পামলবদি শিষ্যপরম্পরাগী চংথরক্লিবা সম্বন্ধহু থম্নবা তৌগদবনি হায়বদি গুরু মথঙ মনাও কাযদবমথৈ থম্নবা হোৎনগদবনি। গুরু শিষ্য মথঙ মনাও চংথরকপদা য়াওবা গুরু অমনা দীক্ষা পীরবা মতুংদা শিষ্যহুনা ভক্তি যোগগী তপস্যা ফজনা পাঙথোকপা ঙমগনি। অহুম ওইনমক কনাগুম্বনা মহাবু ব্রহ্মাগুম্বনি খন্দুনা ভগবান্না থমুঙদগী দীক্ষা পীরগনি হায়না খনযদে, মরমদি হৌজিক্কালসিদা কনামতা ব্রহ্মাগুম্না থম্মোই-শেংবনি হায়না লৌঙমদে। ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি তৌবগী ফম অসি খ্বাইদগী হেন্না শুদ্ধ-চিত্ত-ওইবা মীদদা পীবনি, অহুনা ব্রহ্মাগুম্না মতীক চাত্রবদি ব্রহ্মাগুম্না মাবু খনগদৌবা নত্তে। ব্রহ্মানা ফংবা খুদোংচাবহু শুদ্ধ ভগবন্তক্তশিংদগী অহুগা শাস্ত্রগী রা মতুং ইন্না অহুগা থম্মোই শেংবা মী অমনা ফংগদবা মতীকচাবা দীক্ষা গুরু অমদগী দীক্ষা ফংবা য়াই। ভগবান্গী সেবাদা মবুক শেংলবা মী অমগী মফমদা ভগবান্না গুরু ওইনা থোকয়ি। মরমহুনা মতীক চাবা গুরুদি মবুকশেঙবা ভক্ত উনরবদি গুরুহুবু ভগবান্গী খ্বাইদগী হেন্না থাজববা অমসুং মুংশিরবা প্রতিনিধিনি হায়না লৌবা য়াই। কনাগুম্বা মীবু অসিগুম্বা মতীকচাবা গুরুগী লমজিং মখাদা থমলবদি দীক্ষা পাম্বা মীহু ভগবান্গী কৃপানা মপোক মহৈ য়াল্লে হায়না চিংনবা অমতা য়াওদবমথৈ লৌবা য়ারে।

শ্লোক ৮

**দিব্যং সহস্রাব্দমমোঘদর্শনো জিতানিলাত্মা বিজিতোভয়েন্দ্রিয়ঃ।**
**অতপ্যত স্মাখিললোকতাপনং তপস্তপীয়াংস্তপতাং সমাহিতঃ।**

দিব্যম্—লাইগী; সহস্র—লীশীং; অব্দম্—চহী; অমোঘ—অওইবা (সত্য), মরুবা; দর্শনঃ—অউবা মী; জিত—খুৎহুম চল্লবা; অনিল—থরাই (প্রাণবায়ু); আত্মা—মন (পুক্নীং); বিজিত—খুৎহুম চল্লবা; উভয়—অনী; ইন্দ্রিয়ঃ—থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়শিং (কর্ম্মেন্দ্রিয়) অমসুং পোৎশক খঙনবা ইন্দ্রিয়শিং (জ্ঞানেন্দ্রিয়)); (বিজিতোভয়ইন্দ্রিয়ঃ—ইন্দ্রিয় মখল অনীবু খুৎহুম চল্লবা মী); অতপ্যত স্ম—তপ তৌরম্মী; অখিল—পুম্না; লোক—লোক, জগৎ; তাপনম্—ফোঙদোক্লঙাই ওইবা (প্রকাশক); তপঃ—তপ; তপীয়ান্—য়োশল্লবা তপ; তপতাম্—তপ-তৌবা মীশিংগী; সমাহিতঃ—মায়োনশল্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইগী চহীদা থীরগা চহী লীশিঙ অমা ব্রহ্মানা তপ তৌখি। মহাক্না আকাশ-তগী লাইগী ওইবা খোন-ঙঙ অসি নাকোঙদা তাখি, অদুগা মদু লাইগীনি হায়না মহাক্না লৌখি। মরমদুদগী মহাক্না মাগী মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু খুৎহুম চনখি। মহাক্না তৌখিবা তপশিংদু জীবশিংগী মফমদা তমজনঙাই ওইখি। অসুম্না মহাক তপস্বীশিংগী মরক্তা মকোক ওইখি।

নৈনরোল

ব্রহ্মানা প্রাকৃত-নত্তবা অথ্্প্পা খোন 'তপ' হায়রবসি মনাকোঙনা তারম্মী, অদুবু মহাক খোন্দু ঙঙলম্বা মী কনামত্তবু উরমদে। অদুমকপু মহাক্না খোন অদুবু মাগীদি কান্নগনি হায়না লৌরম্মী, মরমদুনা মহাক্না লাইগী চহী লীশীং চুপ্পা অমা ধ্যান-তপ তৌখি। লাইগী চহী অমগা ঐখোয় মীওইবগী চহী ৬×৩০×১২×১০০০ কা মান্নৈ। মহাক্না শব্দদু লৌবগী মবমদি মানা ভগবানগী স্বতন্ত্র (মনীঙ-তম্বা) স্বভাব অদু শেংনা উখিরম্মী। মানা শেংনা উবা মরম্না, ভগবান্গা ভগবান্দগী লাকখিবা খোনগা (শব্দগা) অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে, ভগবান্ মশামক থোরক্ত্বম্রু। মুম্না খঙগে হায়রবগী উপায খ্বাইদগী ফবদি অসিগুম্বা লাইতাক অসি অচুম্বনি হায়না লৌগদবনি। অদুগা খ্বাই পুম্বগী আদি গুরু ব্রহ্মাসে দিব্য জ্ঞান লৌশনবগী নিয়মসিগী অহিংবা খুদম্নি। দিব্য শব্দদুগী থোরকফম ওইবা ভগবান্দো উবা ফংদে হায়রদুনসু শব্দদুগী শক্তিদি ময়েং তাবা লৈতে। মরমাসনা শ্রীমদ্ভাগবতম্নে শ্রীমদ্ভগবদ্গীতামে অনীসিদা নত্তনা দিব্য শাস্ত্র জগৎতা লৈরিবা পুম্নমক দিব্য-শক্তি য়াওদবা মীরম্নেনগী অচম্বা শব্দনি (খোন্নি) হায়না খক লৌযদে।

ঐখোয় খুদিংনা থোরকফম অচুম্বদুদগী দিব্য শব্দসি লৌগদবনি, মদুবু অওইবনি হায়না লৌগদবনি অমসুং লাইতাক অদুগী মতুং ইন্না করিমতা চিংনবা তৌদবমখৈ থবক চৎথগনি। সিদ্ধি ওইনবগী অথ্প্পা রাদি মতীক চাবা গুরুদগী শব্দদু লৌগদবনি। মীরমলেন্দা শুংবা শব্দদি শক্তি চেন্দবনি, অদুনা মতীক চাদবা মী অমদগী লৌবনি হায়বা দিব্য মানবা শব্দদি শক্তি চেন্দবনি। অসিগুম্বা দিব্য শক্তি খঙবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি; অচুম অরান খন্দোক্লুনা নৎত্রগা লাইবক ফবদগী তাঙ্গা অমা চারুদুনা কনাগুম্বনা মতীক চাবা গুরুদগী দিব্য শব্দসি লৌরবদি মুক্তিগী লম্বী ফংবা শোয়দ্রবনি। শিষ্য অমনা মাগী গুরুগী য়াথংদু ব্রহ্মানা মাগী গুরু ভগবানগী য়াথং পাঙথোকপগুম পাঙথোক্কদবনি। গুরুগী য়াথং চপচানা মপূঙফানা পাঙথোকপদনা সিদ্ধিগী অথ্প্পা হায়রবদুনি।

ব্রহ্মাজীনা মাগী কর্ম্মেন্দ্রিয় অমসুং জ্ঞানেন্দ্রিয় অনীমক খুৎহুম চল্লম্মী, মরমদি মাগী ইন্দ্রিয়-শিংদু ভগবান্গী য়াথং পাঙথোকপদা শীজন্নবা তারম্মী। মরম অসিনা ইন্দ্রিয় খুৎহুম চনবগী অর্থদি ইন্দ্রিয়শিংবু ভগবানগী সেবাদা শীজন্নবা হায়রবসিনি। ভগবানগী য়াথংসে গুরুশিষ্য পরম্পরা নাইনা মতীক

চাবা গুরুনা থোঙ ওইরগা লাকপনি। মতীকচাবা গুরুগী য়াথং পাঙথোকপনা ইন্দ্রিয় খুত্থুম চনবা হায়বহুনি। অসিগুম্বা থাজবা অমসুং পুকচেল শেংবগা লোয়ননা তপ পাঙথোকপনা ব্রহ্মাবু শক্তি লৈবা ওইহনখিবগে হায়ববু মহাক ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টিকর্ত্তা ওইবা উম্মী। অসিগুম্বা শক্তি ফংবা ঙমলম্বা মরমনা মহাকপু তপস্বীশিংগী মরক্তা তপস্বী মকোক্কি হায়রিবনি।

শ্লোক ৯

**তস্মৈ স্বলোকং ভগবান্ সভাজিতঃ সন্দর্শয়ামাস পরং ন যৎপরম্।**
**ব্যপেতসংক্লেশ বিমোহসাধ্বসং স্বদৃষ্টবদ্ভির্পুরুষৈরভিষ্টুতম্ ॥ ৯ ॥**

তস্মৈঃ—মহোন্দা; স্বলোকম্—মহাক্কী লোক হায়বদি ধাম; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; সভাজিতঃ—ব্রহ্মাগী তপস্যানা পেল্লবা; সন্দর্শয়াম্ আস—উৎলম্মী; পরম্—পুঙথোই থোইবা; ন—নত্তে; যৎ—মহুগী; পরম্—হেন্না থোইবা; ব্যপেত—পুঙথা থাদোক্লবা; সংক্লেশ—অরাবা মথল মঙা; বিমোহ—শুমহৎপা য়াওদবা; সাধ্বসম্—সংসারগী অকিবা; স্বদৃষ্টবদ্ভিঃ—মহাবু উরবশিংনা (আত্ম-বিৎশিংনা); পুরুষৈঃ—মীশিংনা; অভিষ্টুতম্—লাৎনরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্দু ব্রহ্মাগী তপস্যানা পেল্লহুনা মহাক্কী বৈকুণ্ঠলোক অহু—লোক পুম্বদগী থোইরবা অহু—উৎলম্মী। ভগবান্গী প্রাকৃত নত্তবা ধাম অসি অরাবা অমতা য়াওত্রবা অমদি সংসাসগী অকিবা কোক্লবা আত্মাবিৎশিংতনা য়াম্না লুনা লাৎচৈ।

নৈনরোল

ব্রহ্মাজিনা তৌরম্বা তপ অহু ভক্তিগী মায়কৈদনি; নৎত্রগদি বৈকুণ্ঠ হায়বদি স্বলোকম্—ভগবান্গী ধামশিংহু—ব্রহ্মানা উরম্বগী আশা লৈরমদে। বৈকুণ্ঠ হায়না খঙনবা ভগবানগী ধামশিংসে নিরাকার-বাদীনা খনজবা রাশেম-রারীগী ওইদবা লমসু নত্তে প্রাকৃতসু নত্তে। ভগবান্গী প্রাকৃত নত্তবা ধামশিংদি ভক্তি যোগনা থোঙ ওইরগদা চঙগদবা মফম্নি, মরমসিনা ভক্তশিংদনা ধামশিংদা চঙবা ফংঙী। তপ তৌবদা অরাবা ফংঙী হায়বসিসু শোয়দবনি। অহুবু ভক্তিযোগ তৌবদা থেংনবা অরাবহুদি প্রাকৃত নত্তবা আনন্দনি (নুংঙাইবনি), নুংঙাইবসি সাধন হৌবদগী অহুম ফংবা হৌরবনি, অহুগা অতৈ যোগদদি (হায়বদি জ্ঞানযোগ, ধ্যানযোগনচিংবদদি) বৈকুণ্ঠ-দর্শন-দি ফংবা লৈতনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা অরাবদা যংহুনা তোকয়ি। চেঙ মচং য়াওত্রবা রাই ঙাক্তবু চীকপনদি করিসু কান্নদে। মহুগুম্না আত্মা-উপলব্ধি-গীদমক ভক্তিযোগ নত্তবা অরাবনা থল্লবা অতৈ যোগ সাধন তৌবনদি করিমতা কান্নদে।

ভক্তিযোগ সাধন তৌবদি পরমেশ্বর ভগবান্গী থোইদৌদগী থোরকপা থম্বান্দা ফম্বগা মান্নৈ মরমদি ব্রহ্মাজিনা মফমহুদা ফমলম্মী। ব্রহ্মাজিনা ভগবান্বু পেলহনবা ঙমখি অহুগা ভগবানসু পেল্লহুনা মাগী ধামহু ব্রহ্মাদা উৎখি। শ্রীল জীবগোস্বামীনা মাগী ভাগবতম্গী ভাষ্য কর্ম্মসন্দর্ভদা বেদ প্রমাণ ওইরিবা গর্গ-উপনিষদ্ অহুদগী বচন কয়া লৌখৎলম্মী। যাজ্ঞবল্ক্যনা গার্গীগী মফমদা ভগবদ্ধাম বর্ণন তৌখি হায়নৈ অহুগা ভগবদ্ধামসি ব্রহ্মাণ্ডগী রাংলেন-রাংবা লোক, ব্রহ্মলোক হায়বহুগী মথক্তা লৈ হায়। ভগবদ্ধামসি লাইতাক শাস্ত্র ভগবদগীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্শিংদা বরন তৌরবসু খঙবা রাৎপা মীশিংগী মফমদদি রাশেম রারীগী রা ওইনা থোকয়ি। মফমসিদা 'স্বদৃষ্টবদ্ভিঃ' হায়রা

শব্দসি অর্থ লৈবা বাহৈনি। মহাবু (আত্মাবু) উরবা মীতাশিংতনা মাগী চিন্ময় (প্রাকৃত-নত্তবা) আত্মাবু উপলব্ধি তৌয়ি। আত্মাবু অমসুং পরমাত্মাবু নিরাকারবাদীশিংনা উপলব্ধি তৌবদি মপুঙ ফাদবা উপলব্ধিনি, মরমদি মখোয়গী উপলব্ধিদো প্রাকৃতব্যক্তিশিং রাখনগা অতুক খেন্নৈ হায়বতনি। পরমেশ্বর ভগবানগী ব্যক্তিত্বগা মাগী ভক্তশিংগী ব্যক্তিত্বগা অনীমক চিন্ময় ওইরকনি, মখোয়গীদি প্রাকৃত দেহ লৈতে। প্রাকৃত দেহদি অবিদ্যা (খঙদবা), অস্মিতা (ঐ ঐ হায়বা), রাগ (হকচল্লা পাম্বা), দ্বেষ (য়েংথীবা) অমদি অভিনিবেশ (শিনি হায়না কিবা) হায়বা ক্লেশ অরাবা ফীভমশিংগী মখা পোল্লি। অরাবা মখল মঙাশিংগী মখা পোল্লিবমখৈ কনাগুম্বা অমতনা বৈকুণ্ঠলোক অতুদা চঙবগী রা হায়রুসু। নিরাকারনি হায়না কনাগুম্বনা মহাবু খনবদি মাগী প্রাকৃত দেহ লৈতে হায়বনি, অতুনদি সাকার ওইবগী রা য়াদবনি। চিন্ময় ধামগী সাকার বিগ্রহশিংগী রাদি মখা তারক্লিবা শ্লোকশিংদা ব্যাখ্যা তৌরকনি। ব্রহ্মাজিনসু বৈকুণ্ঠলোকগী খ্বাইদগী রাংবা লোক অতুবু গোলোক বৃন্দাবন হায়না বর্ণন তৌয়ি, মফমসিদা ভগবাননা সুরভি শম্মোম ময়াম য়োক্তুনা অমসুং লক্ষ্মী কোটি কোটিনা য়েংশন্দুনা গোপবালক ওইনা লৈ।

**চিন্তামণি-প্রকর-সদ্মসু কল্পবৃক্ষলক্ষাবৃতেষু সুরভিরভিপালয়ন্তম্।**
**লক্ষ্মী-সহস্র-শতসম্ভ্রম-সেব্যমানাং গোবিন্দম্ আদিপুরুষং তম্ অহং ভজামি।**

(ব্রহ্মসংহিতা ৫।২৯)

ভগবদ্গীতাদা হায়রিবা 'যত গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরং মম' রাসিগা অমতনি। 'পরম্' হায়বদি চিন্ময় ব্রহ্মবু হায়বনি। মরমসিনা ভগবদ্ধামসু ভগবানগী তোঙান্দবা ব্রহ্মনি। ভগবানবু বৈকুণ্ঠ হায়না খঙনৈ, অতুগা মাগী ধামবুসু বৈকুণ্ঠ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা বৈকুণ্ঠ উপলব্ধি, অমসুং স্তুতি তৌবদি চিন্ময় দেহ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংতনা তৌগদবনি।

শ্লোক ১০

**প্রবর্ত্ততে যত্র রজস্তমস্তয়োঃ সত্ত্বং চ মিশ্রং ন চ কালবিক্রমঃ।**
**ন যত্র মায়া কিমুতাপরে হরেরনুব্রতা যত্র সুরাসুরার্চিতাঃ ॥ ১০ ॥**

প্রবর্ত্ততে—লৈ; যত্র—মফমতুদা; রজঃ তমঃ—রজ তম হায়বা গুণ; তয়োঃ—অনীসিগী; সত্ত্বম্—সত্ত্বগুণ; চ—সু; মিশ্রম্—তিন্নবা; ন—নত্তে; চ—সু; কাল—মতম; বিক্রমঃ—প্রভাব, পাঙ্গল; ন—নত্তে, লৈতে; যত্র—মফমতুদা; কিম্—করি; উত—লৈ; অপরে—অতৈ; হরেঃ—পরমেশ্বর ভগবানগী; অনুব্রতাঃ—ভক্তশিং; যত্র—মফমতুদা; সুর—দেবতা, লাই; অসুর—হিংচাবশিংনা; অর্চিতাঃ—লাংলিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠ ধাম অতুদা রজঃ অমসুং তমঃ গুণ লৈতে। রজগা তমগা অনীনা তিন্নবা সত্ত্বগুণসু লৈতে। মফমতুদা সত্ত্ব অশেঙবদমক লৈ। মফমতুদা কালগী (মতমগী) পাঙ্গল লৈতে, অতুনত্তবা অতৈ রাগ (অপাম্বা) দ্বেষ (য়েংথীবা) হায়বতুগী রাদি লাপ্পা থমগ্রো; মফমতুদা মীওইবগী অরাক্সুংঙাই অনীগী মরম ওইবা মায়া ফাওবা লৈতে। মফমতুদা সুরগা অসুরশিংগনা খুরুমজবা ভগবৎ-পার্ষদশিংনা মতম পুম্বা ঙাক্তোইরিবনি নত্রগা, সুর অসুরশিংনা ভক্তগুম্বা মফমতুদা ভগবানবু খুরুমজতুনা মতম পুম্বা লৈ।

## নৈনৱোল

ভগদ্ধাম বৈকুণ্ঠ হায়বসি ত্রিপাদবিভূতি কৌয়ি, ধাম অসি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক তিল্লগা মত্থগী শরূক অহুম হেন্না চাউয়ি; ধাম অত্থগী বর্ণনা মফমসিদনে ভগবদ্গীতাদনে তেন্নরু্না পীরি। নক্ষত্র অমস্তুং লোক কোটি কোটিগী তুঙকম ওইরিবা ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসি মহত্তত্ত্বগী মনূঙদা লৈবা মাগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী মনূঙদা অমনি। ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিশিংসি পুল্লপ পুল্লগা ভগবান্গী সৃষ্টি মপূমগী শরূক মরি থোকপগী অমথক্তমক ওই। অত্থগা পরব্যোম (বৈকুণ্ঠ আকাশ) হায়বস্থ লৈরি। আকাশসিগী ৱাংমদা বৈকুণ্ঠ লোক ময়ামস্থ লৈরি, মখোয় লোইনমক পুল্লগা ভগবান্গী সৃষ্টিগী শরূক মরিগী অহুম ওইরিবনি। ভগবান্গী সৃষ্টিশিংগীদি মশীঙ লাকৃঙমদবনি। মীওইবনা উপাম্বী অমগী উনা মশীঙ থীবা ঙমদে অত্থগা মকোক্তা হৌরিবা শম মশীঙ থীবস্থ ঙমদে। অত্থ-মক্তদা অপঙশিংনা মখোয়গী মতু তুবুম অমফাওবা শাবা ঙমদবা মখোয়না ঈশ্বরমক্তু ওইগনিগা হায়না পোঙথোকচবা শারি। মীওইবনা ঙক্ল-ঙক্লবা যান-বাহন জাৎ য়াম্না পুথোকচবা ঙম্বা য়াই, অত্থবু মহাক্না য়াম্না প্রচার তৌরবা থা-কাননবা যান তোংত্থনা থা য়ৌরবস্থ মহাক কদৌঙৈদস্থ চন্দ্রলোক অত্থদা লৈবা ঙম্মোই। মরমত্থনা বুদ্ধি-তাবা মীনা মহাক ব্রহ্মাণ্ডগী ভগবান্ হায়বত্থনি হায়ত্থনা চাউথোকপগী মস্থত্তা পরমতত্ত্ব খঙননবা খ্বাইদগী লায়বা উপায় বেদশাস্ত্রগী পাউতাক ইল্লী। মরম-ত্থনা ঐখোয় শ্রীমদ্ভাগবতম্না থোঙ ওইবগা প্রাকৃত আকাশগী ৱাংমদা লৈবা চিন্ময় জগৎকী স্বরূপ খঙনবা হোৎনসি। চিন্ময় আকাশদদি প্রাকৃত গুণ লৈতে, থোইদোক হেন্দোক্না রজঃগা তমঃগা অনিসি শূৈক্ল-লৈতে। তমঃগুণ্না জীববু করি পামহল্লী, মসিনা তাকপদি বৈকুণ্ঠলোকশিংদদি জীবশিংত্থ রজ অমস্তুং তমঃ হায়বা গুণ অনিসিগী মথা পোন্দে। ভগবদ্গীতানা হাযরিবত্থনি ব্রহ্মভূত ওইরবা জীবদি অপাম্বা অমস্তুং তেংথাবগী মথা পোন্দে। মরমত্থনা ৱা হায়বব্, বৈকুণ্ঠলোকশিংদদি ব্রহ্মভূত ওইবা জীব ঙাক্ত লৈ, মখোয়গা অপাম্বনা থুমহৎলবা অত্থগা নীঙবা থুংদবগী পিরাংতনা ৱারবা মর্ত্যগী জীবশিংগা যাম্না খেন্নৈ। রজঃ-তমঃ গুণ অনীসিদা লৈতবা মীদো প্রাকৃত জগৎসিদদি সত্ত্বগুণগী মনূঙদা লৈ হাযনা লৌনৈ। প্রাকৃত জগৎকী সত্ত্বগুণসে করিগুম্বা মতমদা রজঃ তমঃনা শোক্তনা মোৎলকয়ি। অত্থগা বৈবুণ্ঠলোকদদি পূঙশেংশেংবা সত্ত্ব ঙাক্তনি।

মফমত্থদদি বহিরঙ্গা শক্তি মায়া মচেৎ অমতা চঙদে। মায়াশক্তিসি ভগবান্দগী থোরকপা ওইরবস্থ মাদি ভগবান্দগী তোঙান্বা পোৎনি। অত্থম ওইনমক অদ্বৈতবাদীশিংনা মিথ্যানি (ওইদবনি) হায়বত্থ থাম্নমক শেংবদি বহিরঙ্গা মায়াসে মিথ্যা নত্তে। থৌরীবু লিল্-নি হায়বদি মিথ্যানি কনাগুম্বগী মফমদা, অত্থবু অশেংবদি থৌরীস্থ অওইবনি অত্থগা লিল্স্থ অওইবনি। প্রোক্-প্রোক্ চাকপা মরুভূমিদা ঈশীংমান্বত্থ মরুভূমিদা ঈশীং-থিবা অপঙবা মীতাগী মফমদদি মিথ্যানি, অত্থগা মরুভূমিগা ঈশীং হাযবত্থগদি মিথ্যা নত্তে। মরমসিনা ভগবানগী প্রাকৃত সৃষ্টিসে ভক্ত-নত্তবা মীগী মফমদদি মিথ্যা মায়া হায়বত্থ ওইবা য়াই, অত্থবু ভক্ত অমগী মফমদদি ভগবান্গী প্রাকৃত সৃষ্টিসি ফাওবা ভগবানগী বহিরঙ্গা শক্তিগী শকউৎ অমা ওইনা অওইবা (মিথ্যা নত্তবা) পোৎ অমনি। ভগবানগী শক্তিদি অসিনা পূঙলোই লোইবা নত্তে। ভগবান্গীদি অন্তরঙ্গা শক্তিস্থ লৈ, মত্থগী বৈকুণ্ঠলোক কৌবা সৃষ্টি অতোপ্পা অমস্থ লৈ, মফমত্থদা রজঃ-তমঃ-সত্ত্ব, মায়া অমদি মতমগী ভূৎ-বর্তমান্নচিংবা লৈতে। অপঙবশিংনা বৈকুণ্ঠ আকাশ লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে, মখোয়না খঙদবত্থনা মসি লৈ হায়রিসিবু লৈতে হায়বা য়াবা নত্তে। আকাশযানশিংনা বৈকুণ্ঠলোকশিংবু য়ৌবা ঙমত্রগা অসিগুম্বা লোক লৈতে হায়বা য়াদে, মরমদি বৈকুণ্ঠগী ৱাসি লাইতাক শাস্ত্রশিংদা য়াওরি।

শ্রীল জীবগোস্বামীনা লৌথোরকপা মতুংইন্না ঐখোয়না নারদপঞ্চরাত্রদগী খণ্ডবদি—বৈকুণ্ঠ আকাশ দিব্যগুণ ময়াম চেল্লী। দিব্য নত্রগা চিন্ময় নৎত্রগা প্রাকৃত-নত্তবা গুণশিংসে ভক্তিযোগনা ভগবান্গী সেবা তৌবগী ফল ওইনা ফংবনি; গুণশিংসে প্রাকৃত গুণ রজ-তম-সত্ত্বদগী তোঙানবনি। দিব্য গুণশিংসে ভক্ত নত্তবা কাঙবুনা যংবা ঙম্বা পোত্তা নত্তে। পদ্ম পুরাণগী উত্তরখণ্ডদা হায়বদি ভগবান্গী সৃষ্টিগী শরুক মরিথে কপগী অমগী রাংমদা শরুক অহুমগী শকউৎ অমা লৈরি। প্রাকৃত জগৎকা চিন্ময় জগৎকা অনীগী কারক্তা বিরজা তুরেন লমখাই ওইরি। ভগবান্গী দেহদগী থোরকপা হুমাংনা ওইখিবা বিরজাগী লাম্থোক্লগা ভগবান্গী সৃষ্টিগী শরুক অহুমত্থু থেংনগনি। শরুক অসি নিত্যনি, হনবা নাইদবনি অমসুং ঙমখৈ নাইদবনি; মফমসিদা জীবনা হিংননব। কীভম খ্বাইদগী রাংবত্থু লৈ। সাংখ্য কৌমুদীনা হায়রি মত্থুদি শুদ্ধসত্ত্বদি প্রাকৃত গুণশিংগা মান্নদে। জীব পুম্নমক মফমত্থুদদি অমগা অমগা লৈমিন্নবত্থু অতৎ-অথম নাইত্রবনি অত্থুগা ভগবান্না মূল তত্ত্বনি। আগম পুরাণশিংদসু বৈকুণ্ঠ ধামসিবু মখাগী অসুম্না বর্ণনা তৌরি—মফমত্থুগী পরিকরশিংদি ভগবান্গী সৃষ্টিগী মনুঙদা চৎনীঙবা মফম অমদা হেক্তা চংপা ঙম্মী, অত্থুগা হায়রিবা শরুক অহুমগী লমদমসিদা ঙমখৈ হায়বত্থু লৈতে। লমদমত্থু মহৌশানা ঙমখৈ নাইদবনিনা অসীম ওইবনা), সজত্থুগী ইতিহাস লৈত্তে অত্থুগা লোইখত্সু নাইদে।

অত্থুনা ঐখোয়না লৌগদবা রা হায়ববু মফমত্থুদা প্রাকৃত গুণ তমঃ অমসুং রজঃ অনীসি পুরা লৈতবা মরম্না সৃষ্টি অমসুং প্রলয় হায়বসি শূকলৈ লৈতে হায়বসিনি। প্রাকৃত জগত্তদি পোৎ খুদিংমক সৃষ্টি তৌবা ঙাক্তনি অত্থুগা পোৎ খুদিংগী প্রলয় (তুম্বা) লৈ। সৃষ্টি প্রলয় অনীগী মবক অত্থু মতম থরতগীনি। বৈকুণ্ঠলোক অত্থুদদি সৃষ্টি হায়বা প্রলয় হায়বা লৈতে। অত্থুনা মফমত্থুগী আয়ুদি নিত্যনি অমসুং অসীম-নি। অমরোমদা হায়রগা বৈকুণ্ঠলোকদা লোইনমক নিত্যনি চিন্ময়নি অমসুং আনন্দময়নি, মত্থুদা ময়েং তাবা হায়বা অমতা লৈতে। ময়েং তাবা লৈতবনিনা মতমগী ওইথ্রবা, ওইরিবা অমসুং ওইরকদৌবা হায়বা মথায়সু লৈতে। মতমগী প্রভাব শূক্লৈ লৈতে হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিনসু হায়রি। প্রাকৃত জগৎ পূম্বসি ভূত মঙানা তিল্লগা ওইবনি, মরমত্থুনা মতমগী ওইথিবা, ওইরিবা অমদি ওইরকদৌবা রাযম ভূত মঙাসিনা থোকহনবনি। বৈকুণ্ঠধামদদি কার্য্য কারণগী রা লৈত্তে, মরমত্থুনা পোকপা, হোম-হোম চাওরকপা, লৈবা, শকওনবা, হম্থরকপা অমসুং শিবা—হায়বা শকওন (বিকার) মখল তরকসি মফমত্থুদা লৈতে। মফমত্থুদা ভগবান্গী শক্তিগী শুদ্ধ প্রকাশতনি লৈরিবা, প্রাকৃত জগৎকী মায়া চঙদে। বৈকুণ্ঠবাসী পুম্নমক্তা লাউথোকপদি মফম-ত্থুগী জীব খুদিংমক ভগবান্গী মনাই ঙাক্তনি হায়বসিনি। ভগবান্না য়েংপা লৈতবা পুকোক্নি অত্থুগা সাধারণ ময়ামনা মাগী মনাই ঙাক্তনি। মবমসিনা বেদদা হায়রি মত্থুদি—ভগবান্না পূজা তৌফম প্রভু মকোক্নি অত্থুগা অতৈ জীবশিংনা মাগী মথা পোনবনি (অনুব্রতনি), মরমদি ভগবানতনা অতৈ জীব পুম্নমক্কী অচওপোৎ পুম্নমক পীনবিবনি।

শ্লোক ১১

**শ্যামাবদাতাঃ শতপত্রলোচনাঃ পিশঙ্গবস্ত্রাঃ সুরুচঃ সুপেশসঃ।**
**সর্ব্বে চতুর্বাহব উন্মিষন্মণিপ্রবেকনিষ্কাভরণাঃ সুবর্চসঃ ॥ ১১ ॥**

শ্যাম—নোংহৌ মানবা; অবদাতাঃ—ঙান্ডরিবা; শতপত্র—থম্বাল লৈরাং; লোচনাঃ—মীৎশিং; পিশঙ্গ—নাপু মচুগী; বস্ত্রাঃ—ফিজোল, সুরুচঃ—য়াম্না ফজবা; সুপেশসঃ—মথোক কাখৎলক্লিবা; সর্ব্বে—মথোয় লোইনমক; চতুঃ—মরি; বাহবঃ—পাম্বোমশিং; উন্মিষন্—লংখৎলকপা মঙান; মণি—মণি; প্রবেক—অহেনবা গুণ; নিষ্ক-আভরণাঃ লৈত্তেং; সুবর্চসঃ—ইলং-লংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠগী লোকশিংদা লৈবশিংবু নোংছৌ-মান্না শংবান্নবা কুচুনা ঙানবা ঙাক্তুনি। মখোয় থম্বাল মীত্তা তাবনি, মখোয়গী বেশ-না স্না-ফিগে ঙাক্লি, অদুগা মখোয়গী শাবান্দি পুল্লীং হুনঙাইনি। মখোয় লোইনমক মখোক কাবা নহা ঙাক্তুনি, মখোয় লোইনমকী খুৎ-মরি-মরি পাল্লী; মখোয় মণিমালানা লৈতেংবনি; মখোয় লোইনমক ইলং লংঙী।

নৈনরোল

বৈকুণ্ঠলোক-বাসীশিংগী দেহদি প্রাকৃত জগত্তা-ফংদবা দিব্য দেহ ঙাক্তুনি। মখোয় দেহগী বর্ণনাদি শ্রীমদ্ভাগবতমনচিংবা শাস্ত্রশিংদা য়াওরি। নিরাকারবাদকী ওইনা শাস্ত্রদা য়াওরিবা রাৈশিংচুনা উৎলি-বদি বৈকুণ্ঠ লমদমগী শক্তমশিংচু ব্রহ্মাণ্ডগী করিগুম্বা মফমদা উবা ফংলোই হায়বচুনি। করিগুম্বা লোক (লমদম) অমগী মফম মফম তোঙান তোঙানবদা শক্তা-নাতা থেন্নবগুম, তোঙান তোঙানবা লোকশিংদা লৈবশিংগী মশক থেন্নবগুম, বৈকুণ্ঠলোকবাসীশিংগী শক্তমসু প্রাকৃত-জগত্তা লৈবা মী-শিংগীগা মপুঙ ফানা থেন্নে। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা, মালেমসিদা লৈবা মীগীনা খুৎ অনীদমক পাল্লী অদুগা বৈকুণ্ঠলোকবাসীগীনা খুৎ মরি মরি পাল্লিবসিনি।

শ্লোক ১২

**প্রবালবৈদূর্য্যমৃণালবর্চসঃ পরিস্ফুরৎকুণ্ডলমৌলিমালিনঃ ॥ ১২ ॥**

প্রবাল—পোহাল; বৈদূর্য্য—বৈদূর্য্য কৌবা রত্ন মখল; মৃণাল—লাইরমলেনগী থম্বাল; বর্চসঃ—মঙাল; পরিস্ফুরৎ—শাংকায়রবা; কুণ্ডল—নাইন; মৌলি—কোক; মালিনঃ—লৈ পরেং শিন্নিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় খরদি কুচ্দা প্রবাল অমসুং বৈদূর্য্যমণিগী মঙানগুম ঙাল্লী অদুগা মকোক্তা মালা শি, লৈবাং থম্বানগুম ঙাল্লী অদুগা খরনা কুণ্ডল (নাইন) শি।

নৈনরোল

বৈকুণ্ঠ-বাসী খরদি সারূপ্য মুক্তি ফংলবনি হায়বদি ভগবান্গী রূপকা (শক্তা) মখোয়গী শক্তা মান্নে। বৈদূর্য্যমণি হায়বসি পরমেশ্বর ভগবানতগী থোইদোকপা লৈতেংনি, অদুবু সারূপ্য হায়বদি শকমান্নবগী মুক্তি ফংলবা মীদা হায়রিবা রত্নশিংসি ফংহল্লী।

শ্লোক ১৩

**ভ্রাজিষ্ণুভির্যঃ পরিতো বিরাজতে লসদ্বিমানাবলিভির্মহাত্মনম্।**
**বিদ্যোতমানঃ প্রমদোত্তমাদ্যুভিঃ সবিদ্যুদভ্রাবলিভির্যথা নভঃ ॥ ১৩ ॥**

ভ্রাজিষ্ণুভিঃ—ঙানবচুনা; যঃ—বৈকুণ্ঠলোকশিং; পরিতঃ—কোয়শনবা; বিরাজতে—মতৌস্নমা লৈবা; লসৎ—লংত্রিক লংনা; বিমান্—নোংথক-দোলাই; আবলিভিঃ—তিনবা; মহাত্মনম্—ভগবান্গী ভক্ত-শিংবু; বিদ্যোতমানঃ—নোংথাংগুম ঙানবা; প্রমদা—মুজাশিং; উত্তমা—লাইরৈবাকী; অদ্যুভিঃ—কুচুগী হায়রগা; সবিদ্যুৎ—নোংথাংগা লোয়নবা; অভ্রাবলিভিঃ—নোংশিংগা লোয়ননা; যথা—গুম্না; নভঃ—অতিয়া।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠদা লৈবা লোকশিং বায়ুরথ মখল মথানা কোয়শল্লী, বায়ুরথশিংত্বগী মঙাল ইলং লংয়ি। বায়ুরথশিংত্থ মহাত্মাশিংগী হায়বদি ভগবৎ-ভক্তশিংগীনি। মুক্তাশিংত্বনা মখোয়গী কুচুগী মপাম্না নোং-থাংগুম্না ফজরম্মী, ময়ামগী পুন্নপ লৈমিন্নবা মতমদদি নোংথকপু নোংগা নোংথাংগা পুন্নপ পুন্নগা অতিয়াবু লৈত্তেংবীবদা ফজবগুম ফজরম্মী।

নৈনরোল

বৈকুণ্ঠ লোকশিংদা লংত্রিক লংনা ফজবা বায়ুরথ লৈবা মাল্লী অদুগা রথশিংদুদা ভগবান্গী ভক্তশিংনা (মহাত্মাশিংনা) নোংথাংনা ঙানবগুম ফজবী তালোইশিংগা লোয়ননা তোংলম্মী। বায়ুরথ লৈবনিনা অতে মখল মখলগী রথ কয়াম্ব লৈরিবনি, অদুবু মখোয়দু ঐখোয়গী মালেমসিদা মীনা থৌবা রথগুম্বা নত্তে; মরমদি মফমদুদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক সচ্চিদানন্দ ঙাক্কি, অদুনা রথনচিংবা গাড়ীশিং পুম্বা ব্রহ্মগুম্না সচ্চিদানন্দ ঙাক্কি। ব্রহ্ম নত্তনা অতে করিমত্তা লৈত্রবম্ব শূন্য (অহাঙবা) ঙাক্কেনি পোৎ মখল মথেল লৈতে হায়না শেরাম্ননা থনফদে। মদুম্না খনবদি জ্ঞান রাৎপদগীনি, নৎত্রগদি ব্রহ্মদা শূন্য লৈ হায়না শেরাম্নবা রাখলসি থল্লমলোইদৌবনি। বায়ুরথ ময়াম, মুক্ত ময়াম অমম্বুং অকবা মীতা লৈবনিনা নগর ময়াম যুম ময়াম অমম্বুং থোইদোকপা লোক লোক্কী মতীক চাগদবা পোৎ খুদিংমক লৈগদবনি। প্রাকৃত জগৎকী মপুঙ ফাদবা হায়বা মতৌদু দিব্য জগত্তম্ব লৈ হায়না খনবা চুমদে। অদুগা বত্তাবরণসি মতমগী মখা পোল্লী হায়না খনবম্ব চুমদে।

শ্লোক ১৪

**শ্রীর্যত্র রূপিণ্যুরুগায়পাদয়োঃ করোতি মানং বহুধা বিভূতিভিঃ।**
**প্রেঙ্খং শ্রিতা যা কুসুমাকরানুগৈর্বিগীয়মানা প্রিয়কর্ম গায়তী ॥ ১৪ ॥**

শ্রীঃ—ভাগ্যলক্ষ্মী; যত্র—মফমদুদা (বৈকুণ্ঠলোকশিংদা); রূপিণী—শকহেনবী ওইনা; উরুগায়—ভক্তশিংনা মগুণ শক্লিবা ভগবান্; পাদয়োঃ—ভগবান্গী খুয়া থম্বান্দা; করোতি—তৌয়ি; মানম্—ইকাইখুম্নবা সেবা; বহুধা—মখল য়াম্না; বিভূতিভিঃ—লোইনশিংগা লোয়নবিবা; প্রেঙ্খং—নুংঙাইবগী থৌদো; শ্রিতা—চঙজরিবা; যা—মখোয়; কুসুমাকর—বসন্ত ঋতু; অনুগৈঃ—থোইমুশিংনা; বিগীয়মানা—ইশৈনা তুংইল্লিবা; প্রিয়-কর্ম—নুংশিথোইবগী থবকশিং; গায়তী—শক্লি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাগ্যলক্ষ্মীনা মহাক্কী দিব্যরূপদা ভগবান্গী খুয়া-থম্বান্দা প্রেমসেবা তৌয়ি; অদুগা বসন্তগী তুংইনবা থোইমুশিংনা শুমহৎখিবনা, মহাক্না (শ্রী-না) মাগী লোইনশিংগা লোয়ননা ভগবান্গী সেবা তৌবত্তা নত্তনা ভগবান্গী লীলাশিংম্ব কীর্তন তৌয়ি।

শ্লোক ১৫

**দদর্শ তত্রাখিলসাত্বতাং পতিং শ্রিয়ঃ পতিং যজ্ঞপতিং জগৎপতিম্।**
**সুনন্দনন্দপ্রবলার্হণাদিভিঃ স্বপার্ষদাগ্রৈঃ পরিসেবিতং বিভুম্ ॥ ১৫ ॥**

দদর্শ—ব্রহ্মানা উরম্মী; তত্র—মফমদুদা (বৈকুণ্ঠলোক অদুদা); অখিল—অপুম্বা; সাত্বতাম্—ভক্ত অথোইবশিংগী; পতিং—মবুঙোবু (ভগবান্বু); শ্রিয়ঃ—লক্ষ্মীগী; পতিং—মপুরোইবা; যজ্ঞ—যজ্ঞ; পতিং—মবুংঙোবু; জগৎপতিম্—জগৎকী মবুংঙোবু; সুনন্দ—সুনন্দ; নন্দ—নন্দ; প্রবল—প্রবল; অর্হণ—অর্হণ; আদিভিঃ—চিংবনা; স্বপার্ষদ—লোইন থম্মিন্শিং; অগ্রৈঃ—মকোক ওইবশিংনা; পরিসেবিতং—থৌগনবা; বিভুম্—ভগবানবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত পূম্নমক্কী মবুংঙো, লক্ষ্মীগী মবুংঙো, যজ্ঞ পূম্নমক্কী মবুংঙো, জগৎকী মবুংঙো, অদুগা নন্দ, সুনন্দ, প্রবল, অর্হণ-নচিংবা মছামক্কী পার্ষদশিংনা থৌগল্লিবা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু বৈকুণ্ঠধামদা ব্রহ্মানা উখি।

নৈনরোল

নিংথৌ অমগী মরমদা য়া ভাঙবা মতমদা মহাক্কী অঙম অথৌ ময়ামগা হায়বদি মহাক্কী সেক্রেটরী, এ-ডি-সি, মন্ত্রী অমদি য়া তানফম অতৈ কয়াগা লোয়ননা মহাক লৈরিবনি হায়বদু ময়াম্মা খঙনৈ। মতৌ অদুম্না পরমেশ্বর ভগবান্‌বু উবা মতমদা মহাক্কী তোঙান তোঙানবা শক্তিশিংগা, মমুঙগী ওইবা পার্ষদশিংগা লোয়ননা মহাকপু উবা হায়বসি হৌনশানি। মরমসিনা জীব পূম্নমক্কী মবুংঙো ভক্তশিংগী মবুংঙো, বিভূতি পূম্নমক্কী মবুংঙো, যজ্ঞ পূম্নমক্কী মবুংঙো অমসুং জগৎ পোৎলম খুদিংগী ভোক্তা ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবান্‌দি পুরুষোত্তম ওইবদা নত্তনা মহাকপু মহাক্কী পার্ষদশিংনা প্রেম-সেবা তৌদুনা কোয়শন্দুনা মতম পূম্বদা থৌগল্লি।

শ্লোক ১৬

**ভৃত্যপ্রসাদাভিমুখং দৃগাসবং প্রসন্নহাসারুণলোচনাননম্।**
**কিরীটিনং কুণ্ডলিনং চতুর্ভুজং পীতাংশুকং বক্ষসি লক্ষিতং শ্রিয়া॥ ১৬॥**

ভৃত্য—মনাই; প্রসাদ—চানবিবা; অভিমুখম্—মায়ওনশনবা; দৃক্—য়েংবদা; আসবং—পুক্নীং হুনঙাই অমসুং ময়াই কানঙাই ওইবা; প্রসন্ন—য়াম্না পেল্লবা; হাস—নোকপা; অরুণ—ভাঙলৈনবা; লোচন—মীৎ; আনন—মায়থোঙ; কিরীটিনং—লুহুপ-উপ্পা; কুণ্ডলিনং—কুণ্ড-নাইন য়াল্লিবা; চতুর্ভুজং—পাম্বোম মরি লোঙবা; পীত—নাপু মচুগী; অংশুকং—ফীজোল (বেশ); বক্ষসি—থবাক্তা; লক্ষিতং—খুদয়ুবা; শ্রিয়া—লক্ষ্মীগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিহৈবা মনাইশিংবু চানবীবা, মীৎয়েংনা ময়াইকানঙাই অমদি পুক্নীং হুনঙাই ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু য়াম্না পেল্লবা অমা ওইনা উরম্মী। ভাঙলৈনবা নাপু মচুনা লৈতেংলবা মোমোন নোকপা মায়থোঙনি। সনা ফিগে থোনবনি, কুণ্ডল-নাইন য়ানবনি অমসুং কোক্তা লুহুপ থোনবনি। মথবাক্তা লক্ষ্মীগী চিহ্ন রেখা লৈবনি।

নৈনরোল

পদ্ম-পুরাণগী পাতালখণ্ডদা ভগবান্না মাগী নিত্য পার্ষদশিংগা ফম্মিল্লবগী মফম যোগ পীঠগী মপুঙ ফাবা বর্ণনা য়াওরি। যোগপীঠতুদা ধর্ম্ম, জ্ঞান, ঐশ্বর্য্য অমসুং ত্যাগ (থাদোকপা) হায়বা মরিসিগী মূর্ত্তিশিংনা ভগবান্‌গী থুয়া-থম্বাল-নাক্তা ফম্মী। ঋক্, সাম, যজুর্ অমসুং অথর্ব্ব হায়বা বেদ মরিসিগী মূর্ত্তি ওইনা ভগবান্দা উপদেশ পীননবা চোংথোক্নুনা লৈ। চণ্ড-নচিংবা শক্তি তরাতরক্ক মফমতুদা য়াওরম্মী। চণ্ডগা কুমুদগা অনীনা অহানবা থোঙগী থোঙভাকপনি; ময়ায়থোঙদনা ভদ্র অমসুং সুভদ্র কৌবা থোঙভাকপা লৈ, অদুগা অহুমশুবা থোঙদনা জয়গা বিজয়গা ভাকয়ি। কুমুদ, কুমুদাক্ষ, পুণ্ডরিক, বামন, শঙ্কুকর্ণ, সর্ব্বনেত্র, সুমুখ কৌবা অতৈ থোঙভাকপসু লৈরম্মী। ভগবান্‌গী শঙ্গায়দু লৈতেং য়াম্না তৌরম্মী অদুগা মথক্তা পল্লিবা থোঙভাকপশিংনা ভাক্লম্মী।

শ্লোক ১৭

**অধ্যর্হণীয়াসনমাস্থিতং পরং বৃতং চতুঃষোড়শপঞ্চশক্তিভিঃ।**
**যুক্তং ভগৈঃ স্বৈরিতরত্র চাধ্রুবৈঃ স্ব এব ধামন্ রমমাণমীশ্বরম্ ॥১৭॥**

অধ্যর্হণীয়—হেন্না থোইনা ইড়াংনভাই ওইবা; আসনম্—সিংহাসন (তাঙবল); আস্থিতং—ফম্লিবা; পরং—পরমেশ্বর; বৃতং—কোইশল্লবা; চতুঃ—প্রকৃতি, পুরুষ, মহৎ অমসুং অহঙ্কার হায়বা মরি; ষোড়শ—তরাতরুক; পঞ্চ—মঙা; শক্তিভিঃ—শক্তিশিংনা; যুক্তং—তিল্লবা; ভগৈঃ—লনথুমশিংনা; স্বৈঃ—মহামক্কী; ইতরত্র—অতোপ্পা শক্তি মচাশিংনা; চ—সু; অধ্রুবৈঃ—কুইদবা; স্বে—মহাগী; এব—লেপ্পমক; ধামন্—ধাম (লৈফম); রমমাণং—নুংঙাইনা লৈবা; ঈশ্বরম্—পরমেশ্বর ভগবান্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**পরমেশ্বর ভগবান্না মহামক্কী সিংহাসন-দা ফম্লম্মী অদুগা তোঙান তোঙান্বা শক্তিনা হায়বদি মরি, তরাতরুক, মঙানা কোয়শল্লী, অমসুং ভগ তরুক্পা শক্তিমচা তোঙান্-তোঙানবশিংগা লোয়নসু কোয়শল্লম্মী। অদুবু মহাক মহামক্কী ধামদা নুংঙাইনা লৈরম্মী।**

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি মাগী ভগশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। থোইদোক হেন্দোক্না, মহাক্তি খ্বায়দগী হেন্না লল্লেবনি, শক্তি-চেন্বনি, মিংচৎ-লৈবনি, শক হেন্বনি, জ্ঞান লৈবনি অমসুং থাদোকহৈবনি। মাগী প্রকৃতিবু সৃষ্টি তৌনবগী শক্তি মরিনা—হায়বদি প্রকৃতি, পুরুষ, মহত্তত্ত্ব অমসুং অহঙ্কার কৌবনা —মাবু থৌগল্লী। মাবু তরাতরুকসু—হায়বদি পঞ্চভূত-না (লৈপাক, ঈশীং, মুংশীং, মৈ অমসুং অতিয়া -না), জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় মঙানা (মীৎ, নাকোঙ, নাতোন্, লৈযেঙ অমসুং উন্সা-না), কর্মগী (থবক্কী) ইন্দ্রিয় মঙানা (খুৎ, খোঙ, চাকখাও, শৌচথোঙ অমসুং ঈশীংথোঙ হায়বশিংনা), অদুগা পুক্নীংনসু থৌগল্লী। মঙা হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় (রূপ, রস, গন্ধ, শব্দ অমসুং স্পর্শ) মঙাসিনি। তত্ত্ব কুন্মঙাসিনা ভগবানবু প্রাকৃত সৃষ্টিগী থবক্তা থৌগল্লী, মখোয় লোয়নমক মহা মহামক্না ভগবানবু থৌগল্লবা হায়দুনা থোরকয়ি। শক্তি মচা অতৈদি নীপাম্নি, মখোয়দুদি যোগীশিংনা অধিপতি ওইননবা ফংবা সিদ্ধিশিংদুনি। সিদ্ধিশিংসে ভগবাননা নিয়ন্ত্রণ (শীল্লাঙবা) তৌবনি। অদুবু ভগবান্দি মহানা অদুম হায়রিবা শক্তিশিংসে হোৎনরুবা লৈতনা মপুঙ ফানা মঙোন্দা য়াওবনি, মরমসিনা মহাক পরমেশ্বর ভগবান্নি।

জীবনা শাথীবা তপ অমসুং হকচাঙ শাজেন তৌদুনা মতম খরগীদমক অঙকপা শক্তি খরা চেনবা য়াই, অদুবু মদুনদি মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্দি ওইহনবা ঙমদে। পরমেশ্বর ভগবানদি মরম্নাই শক্তিনা যোগী পূম্নমক্তগী হেল্লী, জ্ঞানী খুদিংমক্তগী হেন্না জ্ঞানী ওই, লল্লেবা খুদিংদগী মপান্নাইদবমথৈ হেন্না লল্লেবনি; অদুগা শক ফজরবা জীবদগী মহাক্না ঙমথৈনাইদবমথৈ হেন্না ফজে, দাতা খুদিংদগী হেন্না পীনহৈবা দাতানি মহাক্তি। মহাক খ্বাইগী মকোক্তি, মহাক্না মাল্লবা অমদি মঙোন্দগী হেনবদি কনামতা লৈতে। যোগ-তপ তৌরবসু কনামতা মথক্তা হায়রিবা শক্তিশিংসিগী অমতসু মহাকুম্না মপুঙ ফানা চেনবা ঙমদদুনা মহাক্না মাল্লবা ঙমদে। মহাক্না য়োনা পীনহৈবনিনা যোগীশিংনা পামজরিবা শক্তিশিংদুগী থরদং মতম খরতগী ওইনা পীনবী, অদুগা প্রেম-সেবা নত্তনা মঙোন্দগী করিমতা নিদবা শুদ্ধভক্তশিংদদি মখোয়গী শুদ্ধপ্রেমগীদমক মহামকপু মখোয়দা পীথোকয়ি।

শ্লোক ১৮

**তদ্দর্শনাহ্লাদপরিপ্লুতান্তরো হৃষত্তনুঃ প্রেমভরাশ্রুলোচনঃ ।**
**ননাম পাদাম্বুজমস্য বিশ্বসৃগ্ যৎ পারমহংস্যেন পথাধিগম্যতে॥ ১৮ ॥**

তৎ—ভগবানবু দর্শন তৌবনা; দর্শন—উবা; অহ্লাদ—হরাওবা; পরিপ্লুত—থুমহৎথিবা; **অন্তরঃ—থম্মোইমুংদা; হৃষৎ—হরাওবা; তনুঃ—হকচাঙ; প্রেম-ভর—দিব্য প্রেমনা থনখিবনা; অশ্রু—পিরাং; লোচনঃ—মীৎলুদা; ননাম—খুরুমখি; পাদ-অম্বুজং—খুয়াথম্বান্দা; অস্য—মহাক্কী (ভগবানগী); বিশ্বসৃক্ - বিশ্বজগৎ-শেম্বা; যৎ—মহু; পারম-হংস্যেন—মুক্তাত্মানা; পথা—লম্বী; অধিগম্যতে—ইনথি।**

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা পরমেশ্বর ভগবানবু মপুঙফাবা ফীভমদা উরবদা মাগী থম্মোইদু হরাওবনা থুমহৎথি অদুগা দিব্যপ্রেম অমসুং হরাওতুজংবনা পুঙথন থনখিবনা মীৎলু অনীদা মুংশি পীরাংনা ঈহৌথি। অদুদগী মহাক্কা ভগবান্দা খুরুমখি। জীবগী (পরমহংসগী) মপুঙ ফাবগী লম্বীদি মদুনি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহৌবমক্তদা মহাগ্রন্থসি পরমহংসশিংগীনি হায়না হায। পরমো নির্মৎসরাণাম্ হাযবদি শ্রীমদ্ভাগবত অসি কলক য়েংথি লৈতবা মীশিংগীদমক্তনি। মাযা লাংদা থুরবা পুন্সিদা কলক য়েংথিগনবা পুন্সি অসি মকোক্তগী হৌয়ি, হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানবু কলক্-য়েংথিবা হৌয়ি। পরমেশ্বর ভগবান্ লৈ হাযবসি শাস্ত্র পুম্বনা য়ারবা ৱাফম্নি। ভগবদ্গীতাদা পরমেশ্বর ভগবানবু সাকারবিগ্রহনি হাযবি, কযামুক কন্না হাযবগে হায়ববু লাইরীকসি অরোযবা শক্তা হায়বদি জীবনা সংসারগী অবাবা লান্থোরবগীদমক পরমেশ্বর ভগবান্দা মশাবু কৎথোক্কবনি হায়না চেৎনা হাযরি। লাইবক থাবদি, ধর্ম্ম যাওদবা মীশিংনদি সাকার ভগবান লৈ হায়বসে থাজদে, অদুনা মথোয় খুদিঙনা ঈশ্বরগী গুণদি মচেৎ অমফাও লৈজত্রবসু মদু মদুনা ঈশ্বর ওইবা পামী। কলক য়েংথিবা স্বভাবসি বদ্ধজীবদা লৈবদি ভগবান্দা তিনবা পাম্বগী মতাঙদু য়োঁরবফাওবা লৈথে। মতৌ অসুম তৌবনা দার্শনিকশিংগী মকোয়্যাওবা পরমহংস ওইবা ঙমদে, মরমদি মহাক কলক য়েংথীবা হায়বদু থাদোকপা ঙমদে। মরমসিনা পরমহংস ওইবদি ভক্তিযোগগী সাধকশিংতনা ঙম্মী। ভক্তিযোগসি হৌবদি কনাগুম্বনা ভগবান্দা প্রেম সেবা তৌবতনা মহাক পুন্সিগী ৱাংলেন ৱাংবা থাক্তা কাবা ঙমগনি হায়বা ৱাফমসি চপ চানা থাজববা মতমদুদনি। ব্রহ্মাজিদি ভক্তিযোগ হায়বা বিদ্যাসিবু থাজরম্মী; ভগবানগী যাথং 'তপ তৌ' হায়বসি ব্রহ্মানা থাজখি, অদুগা মহাক্কা তপ কন্না তৌদুনা বৈকুণ্ঠলোকশিংবু অমসুং ভগবানবু হকথেংনা উবা ফংখি। কনামতনা পুক্নীংগী পাম্বৈনা অমদি কোলযন্ত্রগী পাম্বৈনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ধাম অদু যৌবা ঙমদে, অদুবু ভক্তিযোগ ইল্লগদি বৈকুণ্ঠলোক অদু য়ৌবা ঙমগনি মরমদি ভক্তিযোগগী সাধন-তনা ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা য়াই। ব্রহ্মাজিনা তশেংনমক মহাক্কী থম্বাল আসন্দা ফমলম্মী, অদুগা মদুদা ফম্না ফম্না ভক্তিযোগ সাধন থৱাই য়াওনা তৌদুনা বৈকুণ্ঠলোকশিংদু মথল মথেলগা লোয়ননা উদুনা পরমেশ্বর ভগবানবুসু মাগী পার্ষদশিংগা লোয়ননা উথি।

ভগবান্ ব্রহ্মাগী খুদুং ইন্দুনা কনাগুম্বা অমনা হৌজিকসু, মফম অসিদা তাক্লিবা পরমহংস-শিংগী মতৌ ইন্দুনা ব্রহ্মানা ফংবা উপলব্ধিসে ফংগনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা যুগ অসিগী মীগীদমক্তা আত্মা-উপলব্ধি ফংবগী নিয়মসি য়ারম্মী। অহানবদা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ লৈ হায়বসি য়ানিংনা

থাজগদবনি; জ্ঞান মার্গগী দর্শন শাস্ত্রবু থাজবগী মতুত্তা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্রীমদ্ ভগবদগীতাদগী নাকোঙনা তাবনা হেন্না কৈ; অদুদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী তাগদবনি অদুগা অসিগুম্বা পাঠ শ্রবণ তৌবদি ভাগবত (ভক্ত) ওইবা মীদগী তৌগদবনি অদুগা শেন্দান্‌শিল শুইবা পাঠক অমদগী নৎত্রগা। কর্মী জ্ঞানী অমদি যোগীদগী শ্রবণ তৌগদবা নত্তে। ভগবদ্‌বিশ্বাসি হৈননবা তম্বগী অথুপ্পা ৱাদি অসিনি। মসি ফংনবা হোৎনবগীদমক সন্ন্যাসী ওইদবা য়াদে হায়বা লৈতে; হৌজিক লৈরিবা ফীভমসিদা অদুম লৈবা য়াই, অদুবু অশেঙবা ভগবৎ-ভক্তগী সঙ্গদি তৌগদবনি অদুগা মঙোন্দগী ভগবান্‌গী দিব্য কথাদু থাজবগা লোয়ননা শ্রবণ তৌগদবনি। মফমসিদা তাক্লিবা পরমহংসনা চৎকদবা লম্বেন্দি অদুনি। ভগবান্‌গী মিংলেন ময়াম লৈবগী মমুঙদা মহাক্কী মিংলেন অমদি অজিত (কনামতনা মায়থীহন্দ্রবা) হায়বসিনি। অদুম ওইনমক মহাকপু পরমহংস পথ হায়বসিনা জয় তৌবা য়াই; মতুদি গুরু মকোক ভগবান্ ব্রহ্মানা উপলব্ধি তৌরগা উৎলমলিবসিনি। ভগবান্ ব্রহ্মা মছামক্লা পরমহংস-পন্থাঃ অসি চৎকদবনি হায়না মথাগী ৱাহৈশিংসিদা হায়রম্মী:—

**জ্ঞানে প্রয়াসং উদপাস্য নমন্ত এব জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদীয় বার্ত্তাম্**
**স্থানে স্থিতাঃ শ্রুতি-গতাংতনু-বাঙ্‌মনোভির্ যে প্রায়শোঽজিত জিতোঽপ্যসি তৈঃ ত্রিলোক্যম্॥**

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—"ঐগী প্রভু কৃষ্ণ। ভগবান্দা তিনবা পাম্বা জ্ঞানীশিংগী লম্বেল থাদোকপা অমসুং শুদ্ধ সাধু অমদগী নঙগী যশ-গুণগী ৱারী শ্রবণ তৌবদা পুক্নীং চঙলবা অমসুং সমাজদা মাগী লৈরগা পায়রিবা থবক অদু অদুম তৌরিবা ভক্ত অমনা কনামতনা মায়থীহনবা ঙমদ্রবা মহাক্কী দয়া অমসুং কৃপাবু জয় তৌবা ঙম্মী (ফংবা ঙম্মী)।" (ভাগ ১০।১৪৩)। মতুনি পরমহংশিংগী চৎকদবা লম্বীদি। লম্বীসি পুন্সিদা মপুঙ ফাবা সিদ্ধি ফংননবগী লম্বীনি হায়না ব্রহ্মানা তাকপীরম্বনি।

শ্লোক ১৯

তং প্রীয়মানং সমুপস্থিতং কবিং প্রজাবিসর্গে নিজশাসনার্হণম্ ।
বভাষ ইষৎস্মিতশোচিষা গিরা প্রিয়ঃ প্রিয়ং প্রীতমনাঃ করে স্পৃশন্ ॥১৯॥

তং—মঙোন্দা (ব্রহ্মাদা), প্রীয়মানং—নুংশিনঙাই ওইবা; সমুপস্থিতং—মাঙদা লৈরম্বা; কবিং—কবিদা; প্রজা—জীবশিং; বিসর্গে—শেম্বগী মরমদা; নিজ—মন্থামক্কী; শাসন—ৱারক-ৱাতেম্বা; অর্হণম—মতীকচাবা; বভাষে—হায়রম্মী; ঈষৎ—হাইফেৎ; স্মিত—নোকপা; শোচিষ—মঙাল্লা; গিরা—ৱাহৈ; প্রিয়ঃ—নুংশিবা অমনা, প্রিয়ং—নুংশিবা মীদা; প্রীতমনাঃ—নুংশিবিরদুনা; করে—খুৎতা; স্পৃশন—শোল্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী মমাঙদা ব্রহ্মাবু উবদুনা, ভগবান্না মহাকপু জীবশিং শেম্বা ঙমগনি হায়না লৌরদুনা, মানা নীঙবা মতুং ইন্না মাবু ৱারক-ৱাতেম্বা যারগনি হায়না খন্দুনা, অদুনা মাবু পেন্‌বিরদুনা, ভগবান্না ব্রহ্মাগী খুৎশোকখি, অদুগা হাইফেৎ নোক্লগা ব্রহ্মাদা ৱা হায়বা হৌখি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টিদি মফম মরাং খঙদবমখৈ খংথোক্ থোকখিবা থৌদোক নত্তে। নিত্যবদ্ধ জীবশিংদা ব্রহ্মাবু থৌরাংহল্লগা মুক্তি ফংনবগী তাঞ্জা অমা পীবগী ৱানি। ভগবান্না ব্রহ্মাদা বৈদিক জ্ঞান পীরগা মায়াবদ্ধ জীবদা জ্ঞানদু ব্রহ্মানা পীরম্বনি। ভগবান্‌গা জীবগা লৈনরিবা সম্বন্ধদু জীবশিংনা কাউথোকয়ি। সৃষ্টিগী অমসুং বৈদিক জ্ঞান শন্দোক্লবগী মতম অমা চঙদবা য়াদে ভগবান্‌গীদমক্তি। মায়াবদ্ধ জীবশিংবু লৌথৎনবা থবক্কীদমক ব্রহ্মাগী দায়িত্ব য়াম্না চাওয়ি। মরমদুনা মহাক ভগবান্‌গী নুংশিবা অমা ওইরিবনি।

ব্রহ্মাসু জীব সৃষ্টি তৌবদা নত্তনা মাগী মীশিংবু থাদোক্নুনা সংসারদা পুখরবা মীশিংবু উদ্ধার তৌহুনা মখোী কজনা পাঙথোকয়ি, মাগী মী-কাঙলুপ অদো ব্রহ্মসম্প্রদায় কৌয়ি। সম্প্রদায়সিগী মী খুদিঙমা পুখরবা মীশিংবু লোৎখৎনবগী হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা পুশন্নবগী থবক তৌয়ি। ভগবদ্গীতানা হায়রি মহুদি—ভগবান্না মাগী অংশ জীবশিংবু অমুক হন্না ফংননবা য়াম্না খোয়রাঙঙী। ভগবানগী নাক্তা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু উদ্ধার তৌহুনা পুননবগী থবক তৌরিবা মহাকপু ভগবান্না অতৈদগী হেন্না নুংশি। ব্রহ্মসম্প্রদায়বু য়াদবা, ভগবানবু কাউহন্নবা শীল্লিবা মীতাসু য়াম্না লৈ, মখোয়না জীবশিংবু মায়ালাংদা হেন্না থুহল্লী। অসিগুম্বা মীতাদি ভগবান্গী নুংশিবা মীতা নত্তে। মখোয়সিবু ভগবান্না হেন্না হেন্না মম্বা সংসার মনুঙদা থাজল্লী, মতৌ-অহুম তৌবনা মিহৌচাওগন্বা অসুরশিংনা ভগবান্বু খঙবা ঙমদে।

অহুমদি ওইরগা কনাগুম্বা অমনা ভগবান্গী কথা শন্দোক্নুনা ব্রহ্মসম্প্রদায়গী পরেংদা য়াওরবদি মহাক ভগবান্গী নুংশিবা অম্না ওই; ভগবান্না অসিগুম্বা ভক্তি-প্রচার তৌহুমা মহাকপু পেলহনবা মীহুগী থুংশোকয়ি।

শ্লোক ২০

**শ্রীভগবানুবাচ**

**ত্বয়াহং তোষিতঃ সম্যগ্ বেদগর্ভ সিসৃক্ষয়া।**
**চিরং ভৃতেন তপসা দুস্তোষঃ কূটযোগিনাম্ ॥ ২০ ॥**

শ্রীভগবানুবাচ—শ্রী ভগবান্নাহায়; ত্বয়া—নহাক্তা; অহং—ঐহাক; তোষিতঃ—পেলহল্লবা ওইরে; সম্যগ্—মপুঙ ফানা; বেদগর্ভ—হে বেদগর্ভ (ব্রহ্মা); সিসৃক্ষয়া—সৃষ্টি তৌনিঙবনা; চিরং—মতম কুইনা; ভৃতেন—তৌরক্নবা; তপসা—তপ-না; দুস্তোষঃ—পেলহনবদা ৱারবা (ঐ); কূটযোগিনাম্—তাৎকী যোগীশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান্না হায়রম্মী—"হে বেদগর্ভ ব্রহ্মা, নঙনা সৃষ্টি তৌগে হায়হুনা তপ তৌরকপা কুইরে অহুনা ঐহাক য়াম্না পেল্লে। কূটযোগীশিংনদি ঐবু পেলহনবদা ৱাই।"

নৈনরোল

তপ মখল অনি লৈ; অমনা ইন্দ্রিয় পেন্ননবনি অহুগা অমনা আত্মা-উপলব্ধি (আত্মাবু শক-খঙনবা) তৌনবনি। মহাগী পেন্ননবগীদমক শাথীবা তপ তৌবা তাং-যোগী য়াম্না লৈ; অহুগা ভগবান্বু পেলহন্নবগীদমক্তা তপ য়াম্না কম্না তৌবা অতৈসু লৈ। খুদম ওইনা হায়রগা, আণবিক অস্ত্র (খুংলাই) পুথোক্নবগীদমক তৌবা তপশিংনা ভগবানবু কদৌঙৈদসু পেলহন্বা ঙম্মোই মরমদি অসিগুম্বা তপস্যাদি মী পেলহন্নঙাই ওইদে। প্রকৃতিগী হৌনবী ওইনা মীওইবদি মরাইনা শিজগদৌরিবনি, অহুগা শিননবা থৌদৌসিবু থুজনহন্নবা তৌবদি ভগবান্না পেনগদবা নত্তে। ভগবান্না পাম্বদি মাগী অংশ ওইরিবা জীব খুদিঙমক্না ভগবান্গী নাক্তা লাক্নুনা নিত্য জীবন অমসুং আনন্দ ফংবা অহুনি। অহু য়াননবা হায়হুনা প্রাকৃত জগৎপুম্বা সৃষ্টি তৌবনি। উদ্দেশ্যসি পাঙথোক্নবা হায়হুনা ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী থবক ওইহন্বা য়াননবগীদমক তপ কম্না তৌখিবনি। মরমসিনা ভগবান্না ব্রহ্মাবু য়াম্না পেন্খি, পেনবা মরম্না ভগবান্না ব্রহ্মাগী গর্ভদা বৈদিক জ্ঞান হানখি, বৈদিক জ্ঞানগী লক্ষ্যদি ভগবান্বু পেলহন্বা হায়বসিনি অতৈ মরম অমগী নত্তে। হায়রিবা মরমসিগী নত্তনা বৈদিক জ্ঞান শীজন্নবা মীশিংবু কূটযোগী কৌয়ি, মখোয় মপুন্নীহু অতৈ মরম পাম্বগীদমক অরেম্বদা মাঙহল্লী।

শ্লোক ২১

**বরং বরয় ভদ্রং তে বরেশং মাভিবাঞ্ছিতম্।**
**ব্রহ্মন্ শ্রেয়ঃ পরিশ্রামঃ পুংসাং মদ্দর্শনাবধিঃ ॥ ২১ ॥**

বরং—বর; বরয়—নিয়ু; ভদ্রং—মঙ্গল ওইসনু; তে—নঙগী; বর-ঈশং—বর-পুম্বা পীনবিবা মপু; মা (মাং)—ঐঙোন্দগী, অভিবাঞ্ছিতম্—অপাম্বা; ব্রহ্মন্—হে ব্রহ্মা; শ্রেয়ঃ—য়াইফবা; পরিশ্রামঃ—তপ পুম্নমক্কী; পুংসাং—মী খুদিঙমক্কী; মং—ঐবু; দর্শন—উবগী; অবধিঃ—মতাঙ-ফাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**নঙগী মঙ্গল ওইসনু। হে ব্রহ্মা, নহাক ঐঙোন্দগী অপাম্বা বর নিয়ু, মখমদি ঐঙনি বর পীবা মপু হায়বদো। মী পুম্নমক্কা শ্রেয়ঃ পাম্বগীদমক নোম্নরিবহুগী অবোইবা ফল-দি ঐবু ফংবনি।**

নৈনরোল

পরম সত্যবু উপলব্ধি তৌবা হায়বহুদি পরমেশ্বর ভগবানগা শকা শকা হকথেঙননা খঙহুনা উবহুনি। নির্ব্বিশেষ (শকাইদবা) ব্রহ্মবু অমসুং অন্তর্যামী পরমাত্মাবু ফংবদি অরোয়বী ওইবা মফং নত্তে। পরমেশ্বর ভগবান্‌বু উপলব্ধি তৌরবা মতমদদা তপ অকন্‌বা তৌবহু লেপ্পনি। মহুগী মথঙদা তৌগদবা থবক্তি ভগবান্‌বু পেলহন্নবগীদমক প্রেমসেবা তৌগদবনি। অমরোমদা হায়রগা, পরমেশ্বর ভগবান্‌বু দর্শন তৌরবা মীহুদি শ্রেয়স (মঙ্গল) পুম্বা ফংলে-নি মরমদি মহু ফংলবা মতাঙদা ফংনঙাই অতৈমা লৈত্রবনি। হায়রিবা মতাঙ অরোয়বসে নির্ব্বিশেষবাদী অমসুং কুটযোগীশিংনা ফংবা ঙম্বা পোং নত্তে।

শ্লোক ২২

**মনীষিতানুভাবোঽয়ং মম লোকাবলোকনম্।**
**যদুপশ্রুত্য রহসি চকর্থ পরমং তপঃ ॥ ২২ ॥**

মনীষিত—অনীঙবা, অনুভাবঃ—প্রভাব, অযং—অসি, মম—ঐগী, লোক—লমদম, অবলোকনম্—হকথেঙননা উবা, যং—মরমদি; উপশ্রুত্য—নাকোঙনা তাহুনা, রহসি—অচীকপদা, চকর্থ—নহাক তৌববনি; পরমং তপঃ—যৌনা কন্‌বা তপ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মন্, নঙনা বৈকুণ্ঠলোক অসিবু দর্শনতৌবা ঙম্লিবসি ঐনা নঙবু উহনগে নীঙবননি হায়বসি খঙঙু। ঐগী বাহৈ 'তপ' 'তপ' হায়বহু অচীকপদা ননাকোঙনা তারগা নহাক্না অযৌবী তপ তৌখিবনি।

নৈনরোল

পুন্সীগী অযৌবী থাক হায়বহুদি ভগবানগী কৃপানা ভগবানবু হকথেঙননা উবা ফংবহুনি। দর্শন অসি, আচার্য্যশিংনা য়াহুনা চৎনরবা শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা ভগবৎ-ভক্তিগী লম্বীদা চঙলবা মীতনা ফংগদবনি। খুদম ওইনা হায়রগা শ্রীমদ্ভগবদগীতা হায়বা শাস্ত্রসিদি; মসিবু শঙ্কর, রামানুজ, মাধ্ব, চৈতন্য, বিশ্বনাথ, বলদেব, সিদ্ধান্ত সরস্বতী-নচিংবা মহৎ আচার্য্যশিংনা য়ারিবনি। ভগবদগীতাহুদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়—মী খুদিংমক্না শ্রীকৃষ্ণ মহাকপুদা মতম পুম্বদা থন্দুনদা লৈগদবনি, মহাকপুদা পূজা তৌগদবনি, মাবু ভক্তি তৌগদবনি; অমসুং মাবু খুরুমগদবনি। মহুম্না তৌরগদা মীহুনা ময়ুমদা হায়বদি ভগবানগী মাক্তা শোয়দনমক চৎপা ঙম্রগনি। অতৈ মকমদমু য়াথংসিন্নক হায়বদি থবক

পুন্নমক থাদোক্লুনা চিংনদবমথৈ মঙোন্দা (ভগবান্দা) মছা মছাবু পুঙকৎ কৎথোক্কদবনি। অসিগুম্বা ভক্তবু ভগবান্না ঙাকশেন্‌বিগনি। পুন্দীগী অয়োবী মতাঙ ফংনবগী অথূপ্পা পাম্বৈদি অসিতনি। হায়রিবা ৱাশিংসে নোঙ্কুক্লা ব্রহ্মানা ইল্লম্মী অমম্লুং ভগবানগী লোক য়োঙ্গুনা পাইদশিংগা লোয়নবা ভগবানবু দর্শন তৌখি। ভগবানগী হকচাঙ-মডাঙ্গ হায়বা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা তিন্‌বনা অমদি অন্তর্য্যামী পরমাত্মাবু দর্শন তৌবনা জীবগী য়োৎফম অয়োবী মতাঙ হায়বছ নত্তে। 'মনীষিতা' হায়বা শব্দসি মমুংগী অর্থ লৈবনি। মী খুদীংনা মহাক মহাক্লা তানজকবা বিদ্যাগীদমক নাপল তৌজে। অদুবু ভগবান্না হায়রিবদি বিদ্যাগী থমথেংবা মতাঙদি মায়াগী ৱাংমদা লৈবা মহাকপু (ভগবানবু) অমসুং মহাক্কী লোকপু খঙবহুবনি।

শ্লোক ২৩

**প্রত্যাদিষ্টং ময়া তত্র ত্বয়ি কর্ম্মবিমোহিতে।**
**তপো মে হৃদয়ং সাক্ষাদত্মাহং তপসোঽনঘ ॥ ২৩॥**

প্রত্যাদিষ্টং—য়াথং পীখিবনি; ময়া—ঐনা; তত্র—মতমদুদা; ত্বয়ি—নঙোন্দা; কর্ম্ম—থবক, বিমোহিতে—তৌফম খঙদবদা; তপঃ—তপ, মে—ঐগী; হৃদয়ং—থম্মোইনি; সাক্ষাৎ শংশংনা, আত্মা—আত্মা; অহং—ঐ; তপসঃ—তপকী, অনঘ—হে পাপচেন্দবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পাপলৈত্তবা ব্রহ্মা! নঙনা তৌগদবা নথৌ করিনো হায়বা খঙলমদবা মতমদা 'তপ তৌও' হায়না ঐনা নঙোন্দা য়াথংখিবনি হায়বহু নঙ ঐঙোন্দগী খঙঙ্। অসিগুম্বা তপ হায়বহুদি ঐগী থম্মোইনি। মরমদুনা তপকা ঐগা কাবিস্ত্র থেন্নদবনি।

লৈনগোল

পরমেশ্বর ভগবানগা। সাক্ষাৎ উননবা তপ হায়বহুদি ভগবানদা প্রেম সেবা হায়বহুনি, অতৈ করিমতা নত্তে, মরমদি প্রেম সেবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ অমতনা কনাস্থ ভগবানবু ফংলোই। অসিগুম্বা তপ দি ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গ শক্তিনি অদুনা ভগবান্‌গা করিমতা থেন্নদে। অন্তরঙ্গ শক্তিগী অসিগুম্বা থবকশিংদি বৈরাগ্য-তনা (সংসারগী নুংঙাইবা পামদবতনা) উৎলকপা ঙম্মী। জীবশিংনা পোৎকী মপু ওইবা পাম্বদগী মায়া-লাংদা থুরিবনি। ভগবান্‌গী প্রেম-সেবা তৌরিবা জীবদি সংসারগী ভোগ অমতা পামলক্তে। ভক্তশিংদি মছানা অদুমমক সংসার-সুখ অদু পামজদে। অসিগুম্বা পামদবসে (বৈরাগ্যসে) জ্ঞান মপূঙ ফাবদগীনি। মরমদুনা প্রেমসেবা তৌবগীদমক তৌবা তপ-তি জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য অনীবু কোনশিল্লীবনি। মদু দিব্য শক্তিগী শকউৎনি।

কনাগুম্বনা ভগবান্‌গী নাক্তা চৎনীঙলবদি সংসারগী নুংঙাই য়াইফবা হায়বহু ভোগ তৌবা ঙম্মোই। ভগবান্‌গী নাক্তা লৈরগা চিদানন্দ ফংগনি হাযবা খঙদবা মীতানা পঙহুনা তুং-কুইদনা মায়িক সুখ ফংবা পাম্মী। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রি—কনাগুম্বনা ভগবানবু দর্শন তৌনীঙবা অদুগা লোয়ননা মতম অমতদা মায়িক সংসারস্থ ভোগ তৌবা পান্নবদি মহাকপু মূর্খনি হায়বা তাবনি। মায়িক সংসারদা মায়িক সুখ ভোগ তৌনীঙবা মীতাহুদি ভগবান্‌গী নিত্যধামদা চঙবগী ৱা লৈত্রে। ভগবান্না অপঙবা ভক্তবু, মায়িক সংসারসিদা মাগী লৈজবা পুন্নমক মুন্দুনা লোথোক্লগা চানবী। মাগী মাঙপ্রবা কীভম অদু অমুক হনজন্নবা হোৎনরবস্থ নুংশিহৈবা ভগবান্না অমুক মাগী

লৈজবা পুম্নমক মুন্দুনা ফংহন্ত্রে। মায়িক সুখ ফংননবা হোৎনবদা হয়া হয়া মায়থিবসিনা মহাক্কী ইমুঙগী মীশিংনা অমসুং মরূপ মপাঙশিংনা মাবু য়ানীংলক্কে। মায়িক সংসারসিদদি ইমুঙনা অমসুং মরূপ মপাঙশিংনা সম্মান তৌবদি উপায় অমা নত্রগা অমা লৌহুনা শেন তানবা মীহুত্রবুনি। ভগবান্গী অপঙবা ভক্তবু ভগবাননা কৃপা তৌহুনা তপ নমতৌ তৌহল্লি, অদুগা মমৈথঙদা ভক্তহুনা মপুঙ ফানা নুংঙাইবকয়ি ভগবান্গী সেবা তৌহুনা। মরমসিনা, ভক্ত মহাকনা তৌনীংনা তৌবা ওইববসু নৎত্রগা ভগবাননা নমতৌ তৌহনবদগী তৌবা ওইরবসু, ভগবান্গী প্রেম সেবা ওইনা তৌবা তপ-তি আত্মাগী অকারম মপুঙ ফাহনবগীদমক তৌগদবনম্রি, মতৌ অদুনা তৌবা তপ-তি ভগবান্গী অন্তরঙ্গ শক্তিনি।

অদুম ওইনমক পাপ পুম্নমক কোক্তিমথৈদি কনামতন' ভক্তিসেবাদা চঙবা য়াদে। ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না, পাপ অমতা চেন্দ্রবা মীতনা ভগবান্গী সেবা তৌগদবনি। ব্রহ্মাজিদি পাপ-চেন্দবা অমনি, মরমদুনা মহাক্না, ভগবাননা 'তপ তপ' হায়রকপদা চপ চানা ভগবানগী য়াথংচু পাঙথোকখি। মরমসিনা প্রেমগা তপ-গা তিন্নরবদদা ভগবানবু পেলহনবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না ভক্তহুনা ভগবানগী মপুঙ ফাবা দয়া ফংগনি। মহাক্না পাপচেন্দবা মীশিংদা যাথং তাৎথৈ অদুগা পাপচেন্দবশিংনা পুন্সিগী ইরাঙ রাঙবা মফমদুদা ফংঙী।

শ্লোক ২৪

**সৃজামি তপসৈবেদং গ্রসামি তপসা পুনঃ।**
**বিভর্মি তপসা বিশ্বং বীর্য্যং মে দুশ্চরং তপঃ ॥ ২৪ ॥**

সৃজামি—ঐনা শেম্মী; তপসা—তপ তৌরগা; এব—লেপ্পমক, ইদং—মসি, গ্রসামি—ঐনা য়োংশল্লী, তপসা – তপ তৌরগা; পুনঃ—ꣳমুক হন্না, বিভর্মি—ঐনা যোকয়ি; তপস্যা— তপ তৌরবা; বিশ্বং —বিশ্বজগৎপু, বীর্যাং—শক্তিনি; মে—ঐগী, দুশ্চরং—চৎপদা রানঙাই ওইবা, তপঃ—তপ-না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তপ তৌরগা উরিবা জগৎকী সৃষ্টি তৌযি, তপ অদুমক তৌহুনা ঐনা অংক যোংশল্লী (সংহার তৌযি); তপসিগী মথায়না ঐনা বিশ্ব তাইবংসিবু ঙাক শেল্লি, মরমসিনা তপ অসিতনা ঐগী শক্তিনি।

নৈনরে'ল

তপ তৌবা মতমদা ভক্তহুনা মযুমদা হায়বদি ভগবানগী নাক্তা হনগে হায়না পুক্নীং চপ সুংনা লেপকদবনি, অনসুং তপ তৌবদা রাগদবা পুম্নমক খাঙগে হায়না পুক্নীং লেপকদবনি। বিষয়সম্পত্তিগী, মিংগী অমসুং মীংচংকী ফাওদা শাথিরবা তপ তৌনৈ, নত্রগদি কনামতনা মায়িক জগৎসিদা মরু ওইবা মী অমা ওইবা ঙমদে। অদু ওইরবোইদি ভগবান্গী প্রেম সেবাগীদমক তপ শাথিবা করিগীদমক তৌদযম থোকপগে? মায়িক সুখগীদমক লেনবা পুন্সিগা ভগবানবু উপলব্ধি তৌননবা হোৎনবগা অনী চৎমিন্নবদি যাবা নত্তে। ভগবাননা জীবদগী হেন্না শিঙঙী; মরমসিনা জীবনা পুন্সি পান্দম প্রেম সেবা যংননবা কয়ামুক হোৎনবগে হায়বদো ভগবাননা খঙনীঙঙী। তপ তৌননবা য়াথংচু ভগবান্ভক্তগী ফংবা য়াই নৎত্রগা গুরুনা থোক ওইরগা ফংবা য়াই; যাথংচু য়ারবসু, পাঙথোকপনা শাথীবা তপ মথল অমনি। হায়রিবা নিয়মসি চপচানা চৎপা মীনা ভগবান্গী কৃপা ফংবা ঙমগদৌরিবনি

### শ্লোক ২৫

**ভগবন্ সর্ব্বভূতানামধ্যক্ষোঽবস্থিতো গুহাম্।**
**বেদ হ্যপ্রতিরুদ্ধেন প্রজ্ঞানেন চিকীর্ষিতম্ ॥২৫॥**

**ভগবন্**—হে ভগবন্; **সর্ব্বভূতানাম্**—জীব পুম্নমকী; **অধ্যক্ষঃ**—অধিষ্ঠাতা (য়েংবিরিবা মপু); **অবস্থিতঃ**—লৈ; **গুহাম্**—থম্মোইম্নুংদা; **বেদ**—খঙভি; **হি**—লেপ্পমক; **অপ্রতিরদ্ধেন**—অপন-অরাক্ লৈতনা; **প্রজ্ঞানেন**—বুদ্ধিনা; **চিকীর্ষিতম্**—হোৎনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—হে ভগবন্, নহাক্না জীব খুদিঙগী থম্মোইম্নুংদা থৌদাবা (অধ্যক্ষ) ওইনা লৈ, অদুগা নহাক্কি নঙগী বুদ্ধিনা (প্রজ্ঞান।) ইরায়-লায়না অপন্-অরাক লৈতনা জীবশিংনা তৌরিবা পুম্নমক খঙঙী।

নৈনরোল

ভগবান্দি মীপুম খুদিংগী হৃদিদা সাক্ষী ওইনা লৈ, অদুগা মতৌ অদুম্না লৈবনা মহাক্না থৌদাকোক ওই। থৌদাকোক-তি কর্ম্মফল চাদে, মরমদি ভগবান্গী য়াথং নত্তনদি কনামতনা কর্ম্মফল চাবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়রগা, য়ু-থিংবা মফমদা সদাইগী ওইনা হৈনরবা য়ুথকপা অমনা য়ু-গী অধ্যক্ষগী মফমদা দরখাস্ত থারে, মাগী ফিভম য়েংলগা অধ্যক্ষনা মাগী থকপা য়াবা শরুক্তুমক মঞ্জুর তৌবি। মতৌ অদুগুম্না জগৎসিদা য়ুথকপা মীনা থন্না লৈ, মরমদি জীব খুদিংনা ভোগ তৌনীংবা পোৎ অমা নৎত্রগা অমদি লৈ, অদুগা মীপুম খুদিংনা মাগী মাগী অপাম্ববু য়াম্না কন্না থুংহন্নাংঙী। ভগবান্দি জীববু চানবীবসে মপানা মচাবু চানবিবগুম্না চান্নী; মবমদুনা মানা জীবগী অঙাঙ মানবা পেনবা মপেন্দু ওইননবা হায়দুনা মাগী অপাম্বদু থুংহনবী। জীবগী অপাম্বা ময়ামসিগুম্বা লৈবনিনা মহাক তংশেনা নুংঙাইবদি ফংদে, মাগী হায়ববু, মাগী দেহগী ওইবা মচিং মশোন্দুদা তঙাইফদবস্তু নত্তনা কান্নবা ফংদবমখৈ তৌগদবগী লাক্লে। য়ু-থকপা মীনা য়ু থক্লগা কান্নবা করিমতস্তু ফংবা নত্তে, অদুবু মানা য়ুথকপা হৈনশ্রবনিনা অদুগা হৈনবদু তোক্কে নীঙদ্রবনিনা থৌজাল হৈবা ভগবান্না মহাক্কী অনীঙবশিংদু থুংননবা হায়দুনা থৌরাংবীবনি।

নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা হায়—মী খুদিংনা অপাম্বা থম্মোইদৌবনি। অতৈনা হাযবনা অপাম্বশিংবু তাম্মোক্কদবনি হায়। মদুদি ওইথোকপা নত্তে; কনামতনা অপাম্ববু তাম্মোকপা ঙমদে মরমদি অপাম্বা হায়বসিনা হিংবগী লক্ষণনি। অপাম্বা লৈত্রবদি জীবদু শিরবনি; অদুবু মাদি শিবদি নত্তে। মরমসিনা হিংবগী ফীভমশিংগা অপাম্বগদি পুল্লপ পুল্লপ চৎমিন্নে। কনাগুম্বনা ভগবান্গী সেবা তৌবা পাম্নবদদা অপাম্বগী মপুঙ ফাবা হায়বদু ওই। অদুগা জীব খুদিংনা মচা মচাগী অপাম্বশিংদু তাম্মোল্লগা ভগবান্গী অপাম্বগা খোঙমান্ননা চৎপদুনি ভগবান্না পাম্লিবদি। মদুনি ভগবদ্গীতানা ইরোয়রোইবদা তাকপা পাউমেন্দি। রাযমসি এব্রহ্মাজিনস্থ য়ারম্মী, মরমদুনা মতোন্দা প্রজা ময়াম শেম্মনবগী দায়িত্ব শিন্নরিবনি অহাঙবা ব্রহ্মাণ্ডসিদা। ভগবান্গা অমতা ওইবগী অর্থদি জীব খুদিংগী অপাম্বশিংগা ভগবান্গী অপাম্বশিংগা উচনবগুম্না চানহনগদবনি।

ভগবান্না জীব খুদিংগী থম্মোইদা পরমাত্মা ওইনা লৈরগা জীবগী অপাম্বা করিনো হায়বদু খঙবা ঙম্মী, অদুগা কনামতনা মাগী থম্মোইম্নুংদা লৈবিবা ভগবান্না খঙদবা করিগুম্বা থবক অমতা তৌবা ঙমদে। ভগবান্না মাগী প্রজানা খুৎলাই ওইরগা জীব খুদিংদা মাগী অপাম্বশিংদু থুংহননবগী তাঞ্জা অমা পীনবী, মদুগী থোরকপা ফল অদু ভগবান্না পীবনে।

শ্লোক ২৬

**তথাপি নাথমানস্য নাথ নাথয় নাথিতম্।**
**পরাবরে যথা রূপে জানীয়াং তে ত্বরূপিণঃ॥ ২৬॥**

তথাপি—অদুম ওইনমক; নাথমানস্য—নিঙরিবা মীগী; নাথ—হে মপু; নাথয়—পীবিয়ু; নাথিতম্—নিজবদু; পর-অবরে—প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা; যথা—গুম্না; রূপে—শক্তমদা; জানীয়াং—খঙবা ওইসনু; তে—নহাক্কী; তু—তৌইগুম্বসুং; অরূপিণঃ—শক্লাইদবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নাথ, অদুম ওইনমক ঐনা নঙগী মফমদা নিজরিবসি থুংহনবিয়ু। ঐনা নিজরিবদি অসিনি মদুদি প্রাকৃত-রূপ-লৈতবা নহাক্কী পর (প্রাকৃত-নত্তবা) অমসুং অবর (প্রাকৃত) হায়বা রূপ মখল অনিসিবু ঐনা খঙবা ঙমজবা হায়বসিনি।

শ্লোক ২৭

**যথাত্মমায়াযোগেন নানাশক্ত্যুপবৃংহিতম্।**
**বিলুম্পন্ বিসৃজন্ গৃহ্ণন্ বিভ্রদাত্মানমাত্মনা॥২৭॥**

যথা—গুম্না; আত্ম—নরন্নাই; মায়া—শক্তি; যোগেন্—তিন্নদুনা; নানা—মখলমখাগী; শক্তি—শক্তি; উপবৃংহিতম্—পোৎশক খঙনবা থবক ঙম্বগা লোয়নরিবা; বিলুম্পন্—থুপচন্দুনা; বিসৃজন্—শন্দোক্লুনা; গৃহ্ণন্—লৌদুনা; বিভ্রং—ঙাকশেন্দুনা; আত্মাম্—নছামকপু; আত্মনা—নছানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ করম্না নহাক্না, নছামক্না সংহার, সৃষ্টি, গ্রহণ (লৌশনবা), রক্ষা (ঙাকশেনবা) গীদমক নঙগী শক্তি মখল মথাদুবু তিন্নহল্লগা অমসুং ফজনা লেঙশল্লগা উৎলিবনো হায়বদু (চানবিদুনা) ঐঙোন্দা তাক্‌পীয়ু।

নৈনরোল

নুমীৎকী মঙান্না সূর্য মণ্ডলগী শক্তি-প্রকাশ ওইবগুম্না প্রকাশ মপূম অসি মহাক্কী অন্তরঙ্গা, বহিরঙ্গা অমদি তটস্থা শক্তি মখল ময়াম ফংগায়হন্দুনা ওইবা ভগবান্ মছামক্নি। অসিগুম্বা শক্তিসে মতম অমতদা ভগবান্‌গা অমতসু ওই অদুগা তোঙান্‌বসু তোঙাল্লী, মদুদি নুমীৎকা নুমীৎকী মঙান্‌গা মতম অমতদা অমতসু ওইবা অমসুং তোঙান্‌বসু ওইবগুম্বনি। শক্তিশিংসিনা ভগবান্না তাক্‌পা মতুং ইন্না তিন্নদুনা হাপচন্নরগা থবক তৌরিবনি, অদুগা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব-গুম্বা ভগবান্‌গী মতুং ওইবশিংনা মহাক্কী অবতার মখল মখানি। অমরোমদা হায়রগা, ভগবান্ নত্তনা করিমতা লৈতে, অদুমকপু শকউংলিবা পোং ময়ামনিগা মাগা তোঙান্-তোঙান্‌বনি। মসি করম্না ওইরিবনো হায়বদু মতুঙদা ব্যাখ্যা তৌরক্কনি।

শ্লোক ২৮

**ক্রীড়স্যমোঘসঙ্কল্প উর্ণনাভির্যথোর্ণুতে।**
**তথা তদ্বিষয়াং ধেহি মনীষাং ময়ি মাধব ॥ ২৮ ॥**

ক্রীড়সি—নহাক্না শান্নবনিনা; অমোঘ—মাঙবা তাকপা-লৈতবা; সঙ্কল্প—রাপ্রেপ; উর্ণনাভিঃ—মিনা; যথা—অদুক্কী মতীক; উর্ণুতে—কূপশল্লী; তথা—অদুক অদুক; তৎবিষয়াং—মদুগী মরমদা; ধেহি—ঐঙোন্দা খঙহনবিয়ু; মনীষাং—দার্শনিক ওইবা মওংদা; ময়ি—ঐঙোন্দা; মাধব—শক্তি-পূম্নমক্কী মবুংঙো!

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**হে মাধব শক্তি পুম্নমক্কী মবুংঙো। দার্শনিক ওইবা মওংদা মখোয়ত্তুগী মরমদা চান্‌বিত্নুনা ঐগোন্দা তাক্‌পিয়ু। মরম্নাই শক্তিনা মিরাং শাত্নুনা মথন্তবু কুপশন্‌বা মি-গী মতৌগুম্না নহাক্না শায়ে অমস্তুং নঙগী সঙ্কল্পদি মাঙ-তাক্‌পা লৈতবনি।**

নৈনরোল

রাথম্না লাম্না-যংদবা ভগবান্‌গী শক্তিগী মপাম্না, শেমশানবগী ওইবা পোৎচাক খুদিংমক্কী শক্তি লৈ, মখোয়ত্তুদি পোৎচাক্কী শক্তি, জ্ঞানগী শক্তি অদুগা মথল মখাগী ওইবা থবকশিং অমস্তুং প্রক্রিয়ফল-শিংগী শক্তি হায়না খঙৈ। ভগবানগী পোৎথোক ওম্না অসিগুম্বা শক্তিশিং তিন্নগা সৃষ্টি, স্থিতি অমস্তুং সংহারগী শকউৎসে মতম চানা ওইবথি– ওইরক্লিবসি ভগবান্‌গী প্রতিনিধিশিং হায়বাদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্তুং মহেশ্বরনা পোকহনবনি। ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌয়ি, বিষ্ণুনা রক্ষা তৌযি অদুগা ভগবান শিবনা সংহাব তৌযি। অসিগুম্বা প্রতিনিধিশিং অমদি পোৎথোক-ওম্বা শক্তিশিংসে ভগবান্‌গী থোরকপা ওাক্তুনি; মশেৌ অদম ওইবনা ভগবান হাযবদি তোঙান-তোঙানবা শকউৎশিংগী অমত্তা ওাযবা থোবকফম মক নত্তুনা অৈত কশিমতা নত্তবে। মসিগী চপ চাবা খুদমদি মিগা মিরাংগনি। মিরাংসে মি-না শাবনি, রক্তাস্ত মিনা তৌযি; অদুগা মিত্তনা তৌরগে হাযনা নীঙলকপা মতমদা লোঙ্গনমক মাগী নুংদা পুশল্লী। মিত্তবু মিরাংনা কুপ্লী। কবিস্থ লৈত্রবা মি অত্তনদি মানা নীঙলক্‌ নীঙলকপ্‌ত তৌবা ওমপা পবমেশ্বর ভগবান্নদি মাগী জগৎশিংবু শেম্বা, ওাকপা অমদি শীদোকপা কবিগী ৎন্ম্বাইাগেও ভগবানগী কৃপানা, ব্রহ্মাগুম্বা ভক্ত অমনা নৎত্রগা ব্রহ্মাদগী মথঙ মথঙ লাকপা শিষ্য অমনা সর্বশক্তিমান ভগবানদি মতম পুম্বদা শক্তি তোঙান তোঙানবগী লমদমদা মাগী দিব্য লীলা শাম্নত্নুনা লৈ হাযবসি খঙদী।

শ্লোক ২৯

**ভগবচ্ছিক্ষিতমহং করবাণি হ্যতন্দ্রিতঃ।**
**নেহমানাঃ প্রজাসর্গং বধ্যেয়ং যদনুগ্রহাৎ॥ ২৯॥**

ভগবৎ পরমেশ্বর ভগবানননা, শিক্ষিতম—তম্বীরবা, অহং—ঐ, করবাণি—তৌগনি; হি—লেপ্পমক; অতন্দ্রিতঃ—তন্দ মথৈ; ন—নত্তে, ঈহমানঃ তৌরবস্ত, প্রজাসর্গম- প্রজাশিংবু শেম্বা, বধ্যেযং —অহঙ্কারনচিংবনা অফা শাপুন্নবা; যৎ— তশেংনমক, অনুগ্রহাৎ—চানবিবদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবান্, ঐহাক অতনবা থাদোক্তুনা নহাক্না তম্বী তাকপীবা বিমযত্নু লেপ্পমক তৌগনি। নঙনা তত্ত্বজ্ঞান তাকপীবদি মত্নুম্না চানবিবনা ঐহাক প্রজা-সৃষ্টি তৌরবস্ত অহঙ্কার-নচিংবনা অফা অপুনবদি ওইরোই।

নৈনবোল

ব্রহ্মাজিনা মাগী মরম্নাই জ্ঞানতনা মনোদম্মী অমা ওইবা অমদি মাযাবদ্ধ ওইবা পামদে। **থবক খুদিংমক পাঙথোকপা মতমদা জীবদি ভগবানগী খুংল্লাইনি হাযবসে মী খুদিংনা খনগদবনি। বদ্ধ জীবদি ভগবানগী বহিরঙ্গা শক্তি গুণময়ী মায়াগী মখুত্তা খুংলাই ওইবনি অদুগা মুক্ত-অবস্থাদনা জীবাত্মা ভগবান্‌গী ইচ্ছা তুংইনবা খুংলাই হকথেংনবনি। ভগবানগী হকথেংনবা খুংলাই ওইবদি জীবগী মহৌশাগী ওইবা স্বরূপনি, অদুগা ভগবান্‌গী শক্তি মায়াগী মখুৎকী খুংলাই ওইরগনা মায়াবদ্ধ**

ওইবা হায়বত্নি। বদ্ধ-অবস্থাদা জীবনা পরমতত্ত্ব করিনে। হায়বগী মরমদা অমসুং মাগী থবকশিংগী মরমদা নৈনৈ। মুক্ত-অবস্থাদদি জীবনা ভগবান্দগী হকথেংননা জ্ঞান ফংজে, অদুগা মুক্তাত্মা অমনা তৌবা থবক্তি ছিত্র লৈতনা তৌযি, মরমদি রাথন্না শাক্তিনবা য়াওত্রবনিনা। ভগবদ্গীতানা কন্না হায (১০।১০-১১)—শুদ্ধভক্তশিংদি ভগবান্গী প্রেম-সেবা মতম পুম্বদা হকথেংননা তৌদুনা লৈবনিনা ভগবান্না মখোযদা পাউতাক পীবসি হকথেংননা পীয়ে। অদুগী মল ওইনা ভক্তদুনা ময়ুমদা হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা হনবদা খোঙথাঙ থুবা হেল্লী। মরমসিনা ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংদি মখোয়গী লেঙদ্রবা অকারমগীদমক চাউথোক্তে, অদুগা ভক্ত নত্তবা জ্ঞানীনচিংবদি মায়াগী অমম্বদা লৈবনা মখোযগী শেরান্নবা জ্ঞানদুগী নাপঞ্জে। ব্রহ্মানা ব্রহ্মাণ্ডগী খ্বায়দগী রাংবা ফীভমদা লৈরবসু নাপন্দু-শুম্বদগী নাম্পোকপা পামজে।

শ্লোক ৩০

**যাবৎ সখা সখ্যুরিবেশ তে কৃতঃ প্রজাবিসর্গে বিভজামি ভো জনম্।**
**অবিক্লবস্তে পরিকর্ম্মণি স্থিতো মা মে সমুন্নদ্ধমদোঽজমানিনঃ ॥৩০॥**

যাবৎ—অদুগুম্না; সখা—মরূপা; সখ্যুঃ- মরূপুা; ইব—গুম্না; ঈশ—হে ভগবন; তে—নহাক্না; কৃতঃ—তৌবিরে; প্রজা—জীবশিং; বিসর্গে—সৃষ্টি তৌবদা; বিভজামি—ওন্ন-তৈননা ঐনা তৌগনি; ভো—হে প্রভূ; জনম- পোক্পা-নাইবা জীব; অবিক্লবঃ—পুক্নীং-লাঙতক্লবা; তে—নহাক্কী; পরিকর্ম্মণি—সেবাদা; স্থিতঃ—লৈবা; মা—ওইদসনু; মে—ঐঙোন্দা; সমুন্নদ্ধ—ওইখৎলক্পা, মদঃ- মযাইকাবা, মৎ-কারকপা; অজ—পোকপা-নাইদবা; মানিনঃ—মতৌসুম্না খল্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভূ, পোকপা নাইদবা। মরূপকা মরূপকা তৌনবগুম্না নঙনা ঐগী খুৎ শোকপিবে (নমান্নবদা তৌবগুম্না)। ঐহাকপু জীব শেম্বগী থবক মখল মখল তৌহনবিগনি, অদুগা ঐ নহাক্কী থবক্তদা চিনগদবনি। ঐগী পুক্নীং লাংতক্লরোই; অদুবু মদু পুম্নমক্কা মরম ওইদুনা ঐসে পরমতত্ত্বদুনি হায়না খল্লক্লুনা নাপল পোক্হনবিগনু।

নৈনরোল

ব্রহ্মাদি ভগবানগা সখ্য (মরূপ নপাঙ ওইবগী) রসদা লেপ্পমক লৈবনি। জীব খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবানগা রস মখল মঙা হায়বদি শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মাধুর্য্য হায়বা মঙাসিগী অমদা সম্বন্ধ লৈনরিবনি। ভগবানগা লৈনরিবা মরীদা রস মঙাসি নৈনখ্রে। মফমসিদা তশেংনা উৎলিবনা ব্রহ্মাগা পরমেশ্বর ভগবানগা মবক্তা লৈবা সখ্য রসগী সম্বন্ধদুনি। শুদ্ধ ভক্তদি বস-শিংসিগী অমা নংত্রগা অমদা, করি হায়নি বাৎসল্য (ভগবানবু মচানি হায়বা) রসদফাওবা ভগবানগা সম্বন্ধ থম্মী, অদুবু ভগবানগী ভক্তদি মতম পুম্বদা ভগবান্গী নিত্য দাস-নি। ভগবান্গা মান্নবা মংত্রগা মঙোন্দগী হেন্না চাওবা কনামতা লৈতে। রাফমসি ভগবদ্গীতানা হাযবনি। ভগবানগা সখা রসদা মরী লৈনরবসু অদুগা মঙোন্দা জীব মখল মখল সৃষ্টি তৌবগী থবক শিন্নরবসু, ব্রহ্মাজিনা মহাক পরমেশ্বর ভগবান নত্তে পরম শক্তি লৈবা অমা নত্তে হায়বা মাগী মফম অদু থক কাউদে। কনাগুম্বা শক্তি লৈবা অমনা—ব্রহ্মাণ্ডগী মমুঙদা নংত্রগা মপান্দা—ভগবান্ মশামক্তগী হেন্না শক্তি উৎপা য়াই। অদুবু বিশুদ্ধ ভক্তনদি মাগী শক্তিদু ভগবান্না শিন্নরকপা বিভূতিনি হায়বা খঙজে, অদুগা অসিগুম্বা শক্তি ফংলবা ভগবান্গী প্রতিনিধিনা কদৌউদসু মনীও তমদে। শ্রীহনুমানজিনা সমুদ্রগী মথক্তা চোংথৎলগা ভারত মহাসাগর লাম্পোকখি অদুগা শ্রীরামচন্দ্রনা থোং

শাতুনা মথক্কা চৎনবা তৌরম্মী; মসিনা হনুমানবু ভগবান্দগী হেন্না শক্তি লৈবনি হায়বা যাদে। ভগবান্না কন্নি-কন্নিগুম্বা মতমদা মাগী ভক্তদা খ্বায়দগী হেনবা শক্তি পীথোকয়ি, অতুবু শক্তিতুনা। ভগবান্গীনি অতুগা ভক্ত মহাক্না ভগবান্গী খুৎলাই অমা ওইবতনি হায়বসি মহাক্না মতম পুম্নমক্তা খঙজী। ভক্ত নত্তবা মীতাশিংনা মখোয় ঈশ্বরনি খনবগুম্না তশেংবা ভক্তনদি মচাৱু অতুম্না খন্দে। খোঙথাঙ খুদিংদা ভগবান্গী মায়াগী বিধিনা খোঙগাওনৱিবা মী অমনা ভগবানগা অমতা ওইগনি হায়বসিদা ভক্তনঙাই লৈতে। অসিগুম্বা ৱাখলসিনি জীববু ফাননবা মায়ালাং হায়বদো। মহাক্না শক্তি অমম্তুং লন খোমজল্লগা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইবা পাম্মী, অতুবু নীঙবতু থুংদ্রবদা মহাক্না ভগবানগা অমতা ওইবা পাম্মী। প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইবা পাম্বগা অমক ভগবান্গা অমতা ওইবা পাম্বগা অনীসি তোঙান তোঙানবা লাংনি। অতুগা শুদ্ধ ভক্তশিংদি ভগবান্দা মচা মচাৱু ভগবান্দা কৎথোকচরবা আত্মা ভাক্তনিনা মখোয়বু মায়া লাংদা থুহনবা ঙমদে। ব্রহ্মাদি শুদ্ধ ভক্ত অমনিনা, প্রাকৃত জগৎকী দেবতা মকোক ওইরবস্ত অমম্তুং অতুম্না ওইবনা অঙক অঙকপা থবক মযাম তৌবা ঙম্নবস্থ মহাক্তি ভক্ত নত্তবা অপঙবশিংগুম্না ভগবান্গা অমতা ওইনবগী ৱাখন ফাওবা থন্নীংদে। অপঙবশিংনা ৱাখল লানবদগী ভগবান্ ওইনীঙখৎলকপা মতমদা ব্রহ্মাদগী পাওতাক লৌবা চুম্মী।

তশেংবদি ব্রহ্মানা জীবশিংসে শেম্বা নত্তে। সৃষ্টি হৌবকপদা জীবশিংগী নহানমুক্কী কল্পদা তৌখিবা কর্ম্মগী ফল ওইনা হকচাঙগী মওং পীননবা শক্তিবু ব্রহ্মাদা শিন্নবনি। ব্রহ্মাগী মথৌদি জীবশিংবু নিদানা শুম্বদগী মীৎকপ থোকহনবীতুনা মথৌ অচুম্বা তৌহনবনি। ব্রহ্মানা জীব মথল মথন সৃষ্টি তৌবসে মহাক্কী মচিং-মশেৎন্না তৌবা নত্তে, তৌইগুমম্তুং জীবশিংনা মখোয মখোয়গী হকচাঙ মওং মতুং ইন্না মথৌ তৌবা ঙম্নবা হায়তুনা হকচাঙ পীহন্নবা হায়তুনা ব্রহ্মাদা থবক অতু শিন্নবদনি। অতুবু মহাক খুৎলাই অমা ওইনা থবক তৌবনি হাযবসি খঙজে, মতুম্না খঙবনা মহাক মচাবু সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্নি হায়না খন্দে।

ভগবানগী ভক্তশিংদি ভগবান্না পীবা থোইদোকপা মথৌ অমা তৌতুনা লৈ; অসিগুম্বা মথৌদি খুৎলৌ পল্লৌদনা পাঙথোকপা ঙম্মী মরমদি থবকশিংদো ভগবান্না শীনবনি। থবক পাঙথোকপগী মনাদি থবক তৌবগী নত্তে ভগবানগীনি। অপঙবা ভক্ত নত্তবা মীশিংনদি থবক পাঙথোকপগী মনাদো মখোযগীনি হায ভগবান্দা থিন্দাক্তে। মতুনি ভক্ত নত্তবা মীশিংগী মতৌদি।

শ্লোক ৩১

**শ্রীভগবানুবাচ**

**জ্ঞানং পরমগুহ্যং মে যদ্ বিজ্ঞানসমন্বিতম্।**
**সরহস্যং তদঙ্গং চ গৃহাণ গদিতং ময়া ॥ ৩১ ॥**

শ্রীভগবান্ উবাচ—শ্রীভগবান্না হায়রম্মী; জ্ঞানম্—যৎলকপা জ্ঞান (খঙবা); পরমগুহ্যং—থুপ্লেন-থুপ্লা; মে—ঐগী মরমদা; যৎ—মতু; বিজ্ঞান—হকথেংননা খঙবা (উপলব্ধি); সমন্বিতম্—লোয়নবা; সরহস্যং—অথুপ্পা প্রেম ভক্তিগা লোযনৱিবা, তৎ—মতুগী; অঙ্গং চ—চঙগদবা শরুকশিং; গৃহাণ—লৌও; গদিতং—হায়বা; ময়া—ঐনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান্না হায়রম্মী—ঐগী মরমদা শব্দশাস্ত্রনা তাকপা জ্ঞানদি থূপ্লেন থূপ্লনি, প্রেমভক্তিগা লোয়নরবতদা জ্ঞানদু উপলব্ধি তৌগদবনি। মদু তৌনবা সাধন ভক্তিগী ৱাদি ঐনা তাকে। মদু নহাক্না চেকশন্না লৌশিল্লু।

## নৈনরোল

ব্রহ্মাজিদি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা ভগবান্‌গী ভক্ত মকোক্নি, মরমদুনা পরমেশ্বর ভগবান্না ব্রহ্মানা হংখিবা মক ওইবা ৱাহং মরিগী পাউথুমদু শ্লোক মরিদা থুম্‌খি; শ্লোকশিংসি মূল ভাগবত-নি হায়না খঙনৈ। ব্রহ্মাগী ৱাহংশিংদি অসিনি—(১) ভগবান্‌গী প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা রূপ করিনো? (২) ভগবানগী শক্তি মথল মখাদুনা করম্না থবক তৌরি? (৩) ভগবান্না মগাক্নী শক্তি মথল মখাশিংদুগা লোয়ননা মতৌ করম্না লীলা তৌয়ি? (৪) ব্রহ্মাদা শিন্নরিবা থবক পাঙথোকপা ওয়নবা মতোন্দা মতৌ করম্না তাকপীদগে? নৈনরিবা শ্লোকসিনা পাউথুমশিংগী অহৌবনি; মসিদা ভগবান্না ব্রহ্মাদা হায়রম্মী মদুদি পরমতত্ত্ব ভগবানবু খঙবদি অপৌরুষেয় (মীনা ইবা নত্তবা লাইতাক্নী) শাস্ত্রশিংদা হায়বা মতুং ইন্না থূপ্লেন-থূপ্লনি অদুনদি মসিবু খঙবদি ভগবানগী কৃপানা আত্মা উপলব্ধি তৌবা মী নত্তনদি কনানসু ঙম্মোই। ভগবান্না হায়রম্মী মদুদি পাউথুমশিংড ভগবান্না অসুম হায়থরবপদা ব্রহ্মানা অচুম খঙবা ঙংগনি। মসিনা তাকৃপবু ভগবান্না কৃপা তৌদুনা খঙহল্লগদবা পরমতত্ত্বগী ৱাসি খঙবা ঙমগনি হায়বসিনি। মালেমগী বাখল-খনবা মকোক্না-ফাওবা খঙবা ঙম্মোই। জ্ঞানমার্গগী মীশিংনা নির্বিশেষ ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌবকাওবদা ঙমগনি। অদুবু নির্বিশেষ ব্রহ্মদগী হেন্দোক্না ওইরবা খঙববু পরতত্ত্ব উপলব্ধি তৌবা কৌয়ি। মরমসিনা মসিবু পরম গুহ্য জ্ঞান কৌয়ি। মুক্তাত্মা ময়ামগী মরক্তা কনাগুম্বা অমথক্তুংনা ভগবানবু ফংবদা মতীক্-চাবা য়াই। ভগবান মহামক্না ভগবদ্গীতাদা হায়, মদুদি—মী লীশীঙগী মনুংদা মা অমথক্তনা পুন্সী মপুঙ ফাননবা হোৎনবা য়াই, অদুগা মুক্তাত্মা ওইবশিংগী মনুংদা অমথক্তুংগদি ভগবানবু চপ চানা খঙবা য়াই। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবানবু শুদ্ধ ভক্তি সেবাতনা ফংগনি। 'রহস্যম্'গী অর্থদি ভক্তি সেবা হায়বনি। ভগবান্ কৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাদা অর্জুনদা উপদেশ পীখি মবনদি অর্জুনসু ভক্ত অমসুং সখা নি হায়না উরম্মী। অসিগুম্বা গুণ চেন্দ্রবদি কনামতনা ভগবদ্গীতাগী অথূপ্পা অর্থ খঙবা ঙম্মোই। মরমসিনা কনাগুম্বা অমতনা ভক্ত নংত্রগদি অদুগা প্রেম সেবা তৌদ্রগদি ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা ঙম্মোই। অথূপ্পা হায়রিবসিদি পরমেশ্বর ভগবানবু প্রেম তৌবনি। অসিনি ভগবানগী গুহ্যতত্ত্ববু খঙনবগী মপাল। ভগবানবু প্রেম তৌনবসি ফংগে হায়রবদি সাধন ভক্তিগী অঙশিংদু পাঙথোকপা তাবনি, অঙশিংদুবু বিধি ভক্তি নংগনা ভগবানবু প্রেম সেবা তৌবা কৌয়ি। বিধিভক্তিগী সাধক ভক্তশিংনা তৌবা তাবনি মাগী হৌজিক তৌজিক লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংনা। বিধি ভক্তিশিংসিগী মরুওইবদি ভগবানগী গুণ শ্রবণ (নাকোংনা তাবা) অদুগা কীর্তন (চান্না শোনবা) অনীসিনা ওইগদবনি। ভগবানগী যশো-গান তৌবসিদি ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরগদদা য়াগনি। মরমসিনা ভগবানগী সেবাদা সিদ্ধি ফংননবা হায়দুনা উপায় মঙাথক ভগবান চৈতন্যনা হায়রম্মী। অহানবনা, ভক্ত সঙ্গ (শ্রবণ); অনীশুবনা, ভগবান্‌গী যশো গুণ শক শোনবা (কীর্তন); অহুমশুবনা, শুদ্ধ ভক্ত অমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম শ্রবণ তৌবা; মরিশুবদনা, ভগবানগা মরী-লৈবা ধাম অমদা লৈবা; মঙাশুবদনা, ভক্তিগা লোয়ননা ভগবানগী বিগ্রহবু পূজা তৌবা। ব্রহ্মানা হঙ্ংপা মতুং ইন্না ভগবান্না ৱাহং মরিগী পাউথুম পীগনি অমসুং মবিসিগা মরী লৈনরিবা বা অতৈসু ব্যাখ্যা তৌগনি।

### শ্লোক ৩২

**যাবানহং যথাভাবো যদ্রূপগুণকর্ম্মকঃ ।**
**অথৈব তত্ত্ববিজ্ঞানমস্তু তে মদনুগ্রহাৎ ॥৩২॥**

**যাবান্**—মতম পুম্নমক্তা ঐগী ওইবা শক্তম্; **অহং**—ঐহাকমক; **যথা**—গুম্না; **ভাবঃ**—দিব্য ওইবা মওই; **যৎ**—মচুশিং; **রূপ**—মূর্ত্তিশিং অমসুং বর্ণশিং; **গুণ**—গুণশিং; **কর্ম্মকঃ**—থবকশিং; **তথা**—নচিংবা; **এব**—লেপ্পমক; **তত্ত্ববিজ্ঞানং**—তত্ত্বগী থোইদোকপা মখঙ; **অস্তু**—ওইসনু; **তে**—নঙোন্দা; **মৎ**—ঐনা; **অনুগ্রহাৎ**—মচুংথিদবা থৌজান্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মরম পুম্নমক, হায়বদি ঐগী মতম পুম্নমক্তা ওইবা শক্তম (নিত্যরূপ) অমসুং দিব্য ওইবা মরৈ, মচু, গুণ অমসুং থবকশিং পুম্বা, নঙগী থনুঙদা থোবক্তুনা নঙনা খঙবা হায়বদু ওইসনু ঐগী কৃপাদগী।

নৈনরোল

পরমতত্ত্ব ভগবান্ অথুপ্পা রারোল খঙবা ঙম্বদি ভগবান্না চানবিরগদা ওইগদবনি। প্রাকৃত জগৎকী থাওবা চায়াম পোকপা মপা অমনা মাগী ফীভমগী অথুপ্পা রাদো মানা লুনা-তৌবা মাংশিংদদা হায়দোকয়ি। মপানা মতীক চাবা মচা অমতগী মফমদা অথুপ্পা বা তাকপোকয়ি। সমাজদা মক-ওইবা মীনি হায়বসে মাগী ফুংশিংহৈবা পূকচেল্লনা খঙনবনি। মতৌ অদুগুম্বা মী অমনা ভগবানবু খঙগে হায়বদি ভগবানগী মুংশিনা অমা মহাক্তা ওইগদবনি। ভগবান্দি ঙমখৈ নাইদবনি, কনামতনা মহাকপু মপুঙফানা খঙবা ঙমদে; অদুবু ভগবানবু সেবা তৌবদা অসুম কাখৎলক্লবদি মহাক ভগবান্বু খঙবা ভক্তগীদমক্তি মতীক চাজে। ঐখোয়না উবদি ভগবান্না ব্রহ্মাবু চপচানা পেন্‌বিবে হায়বসিনি; মরমসিনা ভগবান্না ব্রহ্মাবু মচুং-থিদবা মচান্ অদু পীবিদুনা ব্রহ্মানা মহাকপু তশেংনা মাগী কৃপাদগী উননবা ঙৌবিরম্মী।

বেদশিংদসু হায়রি পরতত্ত্ব ভগবানবু কনামতনা মীরক্লেনগী শিক্ষাদগী ফংবা জ্ঞান নৈনবনা উপায় ওইবগা ফংবা ঙমদে। কনাগুম্বনা হন্দোকপা লৈতনা গুরুবু অমসুং ঈশ্বরবু থাজরবদি মহাক্না পরতত্ত্ব খংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা থাজগনবা মীতনা মীরক্লেন্‌গী শিক্ষা ফংদ্রবসু ভগবান্না চানবিবদগী ভগবানবু খংবা ঙমগনি। গীতাদসু হায়রি মীপুম খুদিঙদা ভগবান্না মখাবু তাকথোক্তবগী হক ভগবানগী লৈ, অদুনা মাগী যোগমায়া শীজিন্নদুনা থাজগন্দবা মীগী মফমদা মছাবু লোৎতুনা থম্মী। আস্তিকশিংগী মফমদা ভগবান্না মাগী রূপ, গুণ অমদি লীলাশিং লোয়না তাকথোকয়ি। নির্বিশেষবাদীশিংনা থনবগী মতুংইন্না ভগবানদি শক্লাইদবনি, অদুবু মাগী শক-ওঙদি ঐখোয়না খঙবা অদুগুম্বা নত্তে। ভগবান্না মাগী আকারদু (শকওঙদো), পাদম লৌবা য়ানবথাওবা, মাগী শুদ্ধ ভক্তদা উৎলী, মচুনি শ্রীমদ্‌ভাগবতম্ হৈবলক্তা মকোক ওইবা শ্রীল জীব গোস্বামীনা পীরম্বা টিকাগী রা মতুং ইন্না, 'যাবান' শব্দগী অর্থদি।

ভগবান্না মহাক লৈবগী দিব্য ওইবা স্বভাব অদু ফোংদোকয়ি। মীরক্লেনগী চরাংননা তর্ক তৌবা মীশিংনা ভগবান্‌গী রূপ-কী প্রাকৃত ওইবা রাখন্দা পঙপু পুথোকয়ি। শাস্ত্রশিংদা হায়বদি ভগবান্‌গীদি প্রাকৃত রূপ লৈতে, মবমদুনা শাস্ত্রজ্ঞান-রাংপা মীতাশিংনা ভগবান্দি নিরাকারনি হায়না রাবেপ্পী। প্রাকৃত-রূপকা প্রাকৃত নত্তবা (চিন্ময়) রূপকা খেন্নবদু মখোয়না খঙদে। মখোয়গী মতুং ইন্না প্রাকৃত রূপ লৈতবা

অমনা শোয়দনমক নিরাকাব ওইগদবনি। মখোয়গী রায় অসিসু প্রাকৃতনি, মরমদি নিরাকার ওইবা হায়বসে আকার গী ওন্নতৈনবা পোৎনি। প্রাকৃত ওইবা রাথনবু লৈবা য়াদে হায়রগনা প্রাকৃত নত্তবা তত্ত্বু লৈ হায়বা য়াদে। ব্রহ্মসংহিতাদা ভগবান্‌গী চিন্ময় বিগ্রহমূর্ত্তি অমা লৈ অদুগা মহাক্না মহাক্কী ইন্দ্রিয় অমবু থবক অমা অমগী শীজিন্নবা ঙম্মী হায়। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা, মাগী মীৎনা চাবগী থবক তৌবসু ঙম্মী অমসুং মখোঙনসু উবা ঙম্মী। প্রাকৃত দেহগী মতাঙদদি কনামতনা মীৎনা চাবা ঙমদে অদুগা মখোঙনা পোৎ উবা ঙমদে। মসিনি প্রাকৃত দেহগা সচ্চিদানন্দ-দেহগা খেন্নরিবদি। দিব্য দেহদি নিরাকার ওইবা নত্তে; মসিদি ঐখোয়গী প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিং লাকপা ঙমদবা অতোপ্পা জাৎতা অমগী দেহনি মরমসিনা নিরাকারগী অর্থদি প্রাকৃত দেহ-নত্তবা হায়বনি, নৎত্রগ। চিন্ময়-দেহলৈবা—ভক্ত-নত্তবনদি জ্ঞানমার্গগী মতেঙ লাকপা ঙমদবা—হায়বনি।

ভগবান্না ভক্তগী মফমদদি মহাক্কী শীঙথাবদা লোইখম্না নাইদবা চিন্ময় দেহ মথল মথল উৎলি; দেহ পূম্নমক্তো নাওং নাতাদদি খেন্নরগা অমতনি। ভগবান্‌গী চিন্ময় দেহ খরদি মুরৈনবনি অদুগা খরমনা ঙৌকনৈ। খরমনা ঙাঙলৈনৈ, খরমনা নাপ্‌মান্‌বীনি। দেহ খবনা পাম্লোম-মরি-লোঙবনি, খরমনা পাম্লোম-অনীদমক পাল্লী। খরনা ঙাগুম্বনি, খরনা নোংশাগুম্বনি। ভগবান্‌গী হায়রিবা চিন্ময় দেহশিংসে কর্নিমতা খেন্নবা য়াওদবমখৈ মাগী কৃপানা মাগী ভক্তশিংগী মফমদা উৎলী, মতৌ অসুম্না নিরাকারবাদীশিংনা পরতত্ত্বদি নিরাকারনি হায়বা ওইদবা যুক্তিছুবু ভক্ত অনতনা যানিঙদে —মহাক্না অরাঙবা থাক্কী ভক্ত অমা ওইবা ঙমদ্রবফাওবদা।

ভগবান্‌গী চিন্ময় ওইবা গুণ মশীঙ নাইদনা লৈ, গুণশিং তুগী মনুঙদা অমদি মাগী শুদ্ধ ভক্তবু নুংশিবা। প্রাকৃত জগৎকী ইতিহাসদা মহাক্কী চিন্ময় গুণশিংবু খঙবা ঙম্মী। ভগবান্না অবতাব তৌবদি মহাক্কী ভক্তশিংবু কন্নবগী অমসুং নাস্তিকশিংবু মাঙহন্নবগীদমক্নি। মহাক্কী লীলাশিংদি মাগী ভক্তগা মরি লৈনননি। শ্রীমদ্ ভাগবতম্‌দি ভগবান্না মাগী ভক্তশিংগা লোয়নননা শান্নখিবা লীলাগী ৱারীনা থন্‌বনি। ভক্ত নত্তবশিংনা অসিগুম্বা লীলাশিংসিগী রা খঙদে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা চহী তরেং শুবা মতমদা গোবর্দ্ধন চীংজাও থাঙ্গৎখি অদুগা ইন্দ্রনা শাওদুনা নোং নুংশিৎ তৌহন্দুনা বৃন্দা-বন ধামবু ঈশীং ঈচাওনা থুমহনবদগী কন্‌বিখি। হৌভিক্তি গোবর্দ্ধন চীংবু চহী তরেৎ-ঙায়বিনা মুপামচা অননা থাঙ্গৎলী হায়বসে নাস্তিকশিংনা পাঙগদবা নত্তে; অদুগা ভক্তশিংগীদি পুরা থাজন-ঙাইনি। ভগবানদি সর্ব্বশক্তিমান্নি হায়বসে ভক্তনা থাজে অদুগা নাস্তিকশিংনদি মত্ত থাজদে। অসিগুম্বা খঙবা রাৎপা মীশিংনা ভগবান্দি মতমপূম্বা ভগবান্ ওইদুনা লৈ হায়বসি খঙদে অদুগা কনাগুম্বা জীবনা চহী নাথ লাখ চুপ্পা ধ্যান তৌবফাওবদা ভগবান ওইবা যাবা নদে হায়বা খঙদে। খোল্লাও থাবা তার্কিকশিংনা হায়বা নির্ব্বিশেষবাদগী রাহু শ্লোকসিদা পুরা কল্লি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গীদি গুণ ময়াম, রূপ (শক্তম্), লীলানচিংবা পুকয অমগী লৈযম-থোকপা পূম্নমক লৈ হায়বসি শ্লোকসিদা তর, তরংনা হায়রি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী দিব্যস্বভাবকী বর্ণনাশিংসে ভগবান্‌গী ভক্তনা উপলব্ধি তৌদুনা হায়বা ঙাক্তনি, অদুগা মখোযসে ভগবান্‌গী মমল-য়াওদবা কৃপানা মহাক্কী শুদ্ধ ভক্তদা উৎলী ভক্তনত্তবা কনামতদা উৎতে।

শ্লোক ৩৩

**অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যদ্ যৎ সদসৎ পরম্।**
**পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম্ ॥ ৩৩ ॥**

অহম্—ঐ, পরমেশ্বর ভগবান্; এব—দমক; আসম্—লৈরম্মী; এব—দমক; অগ্রে—মাঙদা হায়বদি সৃষ্টিগী মাঙদা; ন—লৈরমদে; অন্যৎ—অতোপ্পা কনামতা অদুগা কবিমতা; যৎ—মখোয়দু, সৎ—ফল; অসৎ—থোরকফম; পরম্—প্রধান; পশ্চাৎ—তুংদা; অহং—ঐ, ভগবান; যৎ মখোয় লোইনমকসে; এতৎ—সৃষ্টি; চ—সু; যঃ—পোৎ খুদিং; অবশিষ্যেত—লৈহৌরিবা; স মদু; অস্মি—ঐনি; অহম্—ঐ, পরমেশ্বর ভগবান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মা। ভগবান্ হায়বা ঐহাক্তমক সৃষ্টিগী মমাঙদা লৈবম্মী; মতমদুদা ঐ নত্তনা কনামতা লৈরমদে, সৃষ্টিগী কারণ (থোরকফম্) ওইবা প্রধান হায়বদুসু লৈরমদে। নঙনা উৌজিক উৌজিক উরিবসিসু ভগবান ঐনি অদুগা প্রলয়গী তুংদা লৈহৌবদুসু ভগবান্ ঐ ওইগদৌবিনি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্না ব্রহ্মাদা হায়রিবনি অদুগা ভগবান মহাক কনানো হায়বদুসু তাক্লিনি হায়বসিসু চেকশিন্না যেংশনগদবনি। ভগবান্না হায়রম্মী—সৃষ্টিগী মমাঙদা লৈরম্বসু ভগবান্ মহাক্নি, সৃষ্টি রক্ষা তৌবসু মহাক্নি অদুগা প্রলয়গী মতুঙদা লৈবসু ভগবান মহাক্তনি। ব্রহ্মাসু পরমেশ্বর ভগবানগী সৃষ্টি অমনি। নির্বিশেষবাদীনা ভগৱানগা জীবগা অমতনি হায়বা মত অসি তাকপদা ব্রহ্মাসু 'ঐ' হায়বসিনি হায়রি, মরমদি মহাক পরতত্ত্ব 'ঐ' হায়বসিদগী থোরকপনি, মরমসিনা ব্রহ্মাগা পরতত্ত্বগা অমতনি, অদুনা শ্লোকসিদা হায়রিবা ঐ অসি নত্তবা অতৈ করিমতা লৈতে হায়বসিনি। নির্বিশেষবাদী যুক্তিসি লৌবসু ভগবান্না স্রষ্টা ঐ হায়বদুনি অমসুং ব্রহ্মানা সৃষ্টি ঐ হায়বদুনি হায়নসে য়াবা তাবনি। অদুনা 'ঐ' অনীসিগী মরক্তা খেন্নবা অমা লৈবে, মদুদি—মপু ওইবা ঐ হায়বা অমা অদুগা মনাই ওইবা ঐ হায়বা অমা। মরমসিনা ঐ অনীসি অদুম মরৈরি, নির্বিশেষবাদীশিংগী যুক্তিসি লৌনা নৌনা। অদুবু ঐখোয়না মঙ্গা য়েংগদবদি 'ঐ' অনীসি বৈদিক সাহিত্যদা (কঠোপনিষৎ) গুণগী রা ওইনা লৈ হায়রি। কঠোপনিষৎনা হায়রি—

**নিত্যো নিত্যানাং চেতনঃ চেতনানাম্।**
**একো বহুনাং যো বিদধাতি কামান্॥**

স্রষ্টা ঐগা সৃষ্টি ঐগা অনীমক গুণগী হায়রগদি অমতনি হায়না বেদনা হায় মরমদি মখোয়নীমক নিত্য ওাক্তনি অমসুং চেতন ওাক্তনি। অদুবু একবচন তা ওইবা 'ঐ'দি স্রষ্টা 'ঐ' দুনি অদুগা ব্রহ্মাগুম্বা সৃষ্টি 'ঐ মযাম' অমসুং ব্রহ্মানা পোকপশিংদুগদি মর্শী ও য়াম্মী। মসি ইচম চম্বা বাচুম (সত্য) অমনি। মপানা মচানুপা পোকয়ি হায়বদি সৃষ্টি তৌবি অদুগা মচানুপাদুনসু মচানুপা কয়ামা পোকয়ি; মগোয় লোয়নমক মীওইবা ওইনদি অমতনি, অদুবু মতম অমতদা মপানে মচানে অমসুং মশূন্নুপাশিং মযামদি তোঙান-তোঙানবা ওাক্তনি। মচানুপাদুনা মপাগী মযমদু লৌবা য়াদে অদুম্না মশুন্নুপাশিংদুনসু মপুবোক্টী মযমদু লৌবা য়াদে। মতম অমতদা মপাদুনে, মচানুপাদুনে অমসুং মশূনুপাদুনে অমতসু ওই অদুগা তোঙান তোঙানবসু ওই। মীওইবা জীব ওইনা মখোয় অমতনি অদুগা অমগা অমগা সম্বন্ধ ওইনদি মখোয় তোঙান তোঙাল্লি। মরমসিনা স্রষ্টা অমসুং প্রজা ওইনবিবগী সম্বন্ধ হায়বদি মপু মনাই ওইবগী সম্বন্ধদু তোঙান-তোঙানবনি হায়না বেদনা হায়, মরমদি মপু ওইবা 'ঐ'না মনাই ওইবা 'ঐ'গী চাক-থাক হুনবনি; অদুনা 'ঐ' হায়বা পোৎশক অনীসি য়াম্না খেন্নে।

শ্লোকসিগী নাওং অমদা ভগবান্‌গা ব্রহ্মাগা ব্যক্তি অমমমনি হায়বদো কনামতনা খেৎতোকপা ঙম্মোই। মরমতুনা মমৈদা লাকপা ৱাৰমদদি মপুগা মনাইগা অনীমক পুরুষ ঙাক্তনি। মীমাংসাসিনা নির্ব্বিশেষবাদীগী মীমাংসা—পোলোইদা পোৎ খুদিংমক নিরাকারনি হায়বা মীমাংসা অদুবু ককৃয়ি। থঙবা ৱাৎপা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা য়াম্না কন্না হায়বা নির্ব্বিশেষবাদ অদুবু—মপু 'ঐ'-দি পরতত্ত্বনি অদুগা মহাক পুরুষনি (স্বরূপানি) হায়বা ৱাসি হায়দুনা—ককৃয়ি। মনাই 'ঐ' নি হায়বা ব্রহ্মাসু পুরুষনি, তৌইগুম্বসুং মহাক্তি পরতত্ত্ব নত্তে। আত্মাগী মরম ওইবা মনোতত্ত্বদা কনাগুম্বনা মছাবু মশক থঙগে হায়রবদি মছামক্তা পরতত্ত্বগা অমতনি হায়না লৌরগা খুদোংচাবা ওইবা য়াই, অদুবু মপুগা মনাইগগী খেন্নবদুদি শ্লোকসিদা শেংনা উৎপা মতুং ইন্না অদুম লৈ; শ্লোকসিবু নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা য়াম্না থীনা লাম্না শীজন্নরে। প্রাকৃত সৃষ্টিবু সংহার তৌরবা মতুংদা ফাওবা ব্রহ্মানা অওইবা ওইনা মপু ওইবা ভগবান্‌গা মায়য়োয়রি, মতমদুদা ভগবান্দি মাগী নিত্য ওইবা শকফমদা লৈরম্মী। ব্রহ্মানা উথিবা ভগবান্‌গী রূপ অদু ব্রহ্মাবু সৃষ্টি তৌব্রিডৈগী মমাঙদগী অদুম লৈরকপনি। উৎলিবা প্রাকৃত জগৎকী শক অদুসু ভগবান্‌গী শক্লোন উৎপা ঙাক্তনি; ভগবান্‌গী শক্তি উৎপা লোয়রগা লেমহৌবসি পরম পুরুষ ভগবান অদুতনি। মরমসিনা ভগবান্‌গী রূপ অদুদি সৃষ্টি, স্থিতি অমদি প্রলয় হায়বা কীভম পুম্নমক্তা অদুম হোংদবমখৈ চপ মান্ননা লৈ। ৱাৰমসি বেদগী স্তোত্রশিংনা—বাসুদেব বা ইদম্ অগ্র আসীন্ ন ব্রহ্মা ন চ শঙ্কর একো নারায়ণ আসীন্ ন ব্রহ্মা নেশান—হায়বা বচন্ অসিগী মতুং ইন্না য়ারি। ব্রহ্মাসু লৈরমদে শঙ্করসু লৈরমদে। নারায়ণতমক লৈরম্মী, অতৈ কনামতা লৈরমদে; ব্রহ্মাসু লৈরমদে ঈশান-সু লৈরমদে। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনসু মহাক্কী ভগবদ্গীতাগী টিকাদা হায়—নারায়ণ হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দি সৃষ্টিগী ৱাংমদনি, অদুবু সৃষ্টি অপূম্বদু অব্যক্ত-দগী থোরকপনি। মরমসিনা সৃষ্টিগা স্রষ্টাগা খেন্নবদু অদুম মরৈরি, স্রষ্টাগা সৃষ্টিগা অনাগী গুণগী ৱেংলুৱগদি গুণ অমতগী ওইরবসু।

ৱাৰমসিগী ওইরিবা মায়কৈ অমনা পরতত্ত্বদি ভগবান্নি হায়বদি পুরুষোত্তম-নি হায়বসিনি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গা মাগী রাজ্য-ধামগগী ব্যাখ্যা হান্ননা তৌগে। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ধামদি নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা খল্লিবা অদুগুম্বা শূন্য (অহাঙবা) নত্তে। বৈকুণ্ঠ-আকাশগী লোকশিংদুদা চিন্ময় ওইবা পোৎকী মথেল লৈ, মথেল মরক্তা খুৎ-মরি-লোঙবা লোকবাসীশিং অমসুং মঙল মথুমশিংগা লোয়ননা লৈ, অদুদগী হেন্দোক্লদুনা বায়ুরথফাওবা লৈ অদুগা অচৌ অশাংশিংগী লৈনদা কুংঙাইনবা পোৎলমগী থৌরাং-নচিংবসু লৈ। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্দি সৃষ্টিগী মমাঙদগী লৈরব্রনি অদুগা মহাক বৈকুণ্ঠলোকশিংদা মথল মথেল নাইবা কীভমদা লৈরিবনি। ভগবদ্গীতানা সনাতন-নি হায়বা বৈকুণ্ঠলোকশিংসিগী সংহার লৈতে সৃষ্টিগী জগৎশিংগী সংহার লৈরবসু। চিন্ময় লোকশিংদুদি মঙংমঙাম-গীনি হায়বদি, প্রাকৃত সৃষ্টি-স্থিতি-তৌনবা বিধিনিয়ম লৈবগুম্বা চিন্ময় লোকশিংগীদি লৈত্তে। পরমেশ্বর ভগবান্ লৈ হায়বসিনা মহাক্কী ধাম লৈ হায়বসিসু অদুম খঙনরে।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মফম খরদা অদুগা অতৈ শাস্ত্রশিংদা পরমেশ্বর ভগবান্ লৈ হায়না পল্লী। খুদম ওইনা, শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা (২।৮।১০), মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংঙী—

**স চাপি যাত্রা পুরুষো বিশ্বস্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ।**
**মুক্ত্বাত্মমায়াং মায়েশঃ শেতে সর্ব্বগুহাশয়ঃ॥**

"সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়বু ওইহনবা, মাগী বহিরঙ্গা শক্তিনা লাকথুবা ঙমদবা, মায়াগীদি মবুংঙো, পরমেশ্বর ভগবাননা মতৌ করম্না জীব খুদিংগী মমুঙদা লৈবগে?

বিত্বরগী ৱাহং অমম্তু অসিগা মান্নৈঃ—

**তত্বানাং ভগবংস্তেষাং কতিধা প্রতিসংক্রমঃ।**
**তত্রেমং ক উপাসীরন্ ক উ স্বিদনুশেরতে ॥ (ভাগবত ৩।৭।৩৭)**

শ্রীধর স্বামীনা মসিবু মাগী টিকাদা অস্তুম্না হায়রিঃ "সৃষ্টিগী প্রলয লোইদ্রিবৈঙে মন্নুঙদা শেযগী মথক্তা চেপ্লিবৈঙদা ভগবানবু কনানা সেবা তৌযিনচিংবা।" মসিগী অর্থদি চিন্ময ভগবান্‌না মহাক মিং, মিংচৎ, গুণ অমস্তুং লোইন-শিংগা লোযননা নিত্য ওইনা লৈ হাযবনি। ৱাযমসি স্কন্ধ পুবাণ দা ধ্রুবচরিত্ত-কী মতাঙদা কাশী-খণ্ডদা যাবগী ৱা ৱাওরি। মহুদা হাযরিঃ

**ন চব্যন্তেহপি যদ্‌ভক্তা মহাত্ম্যং প্রলয়পদি।**
**অতোহচ্যুতোহখিলে লোকে স একঃ সর্ব্বগোহব্যয়ঃ ॥**

প্রাকৃত জগংকী প্রলয মন্নুঙদা ভগবানগী ৱাদি লায়রহুনা মাগী ভক্তশিং ফাওবা প্রলযদা মাঙ-তাকপা তৌদ্রে। জগংকী অহোংবা মতাঙদা ভগবানদি লেঙদবমথৈ লৈ।

নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা পবতত্বগী থবক লৈতে হায়, অদুবু ব্রহ্মাগা পরমেশ্বর ভগবানগা মরক্তা নৈনরিবা ৱাফমসিদদি ভগবানগী থবক য়াম্না লৈ হাযরি, মবমদি ভগবানগী মৃত্তি অমস্তুং গুণ লৈ। সৃষ্টিগী স্থিতি পইথরিবৈঙদা ব্রহ্মা অমস্তু অতৈ দেবতাশিংগী থবক পুম্নমক্ পবমেশ্বব ভগবানগী থবক ভাগি হাযনা খঙগদবনি। নিংথৌনা নংত্রগা ৱাষ্ট্রপতিবু লৈপাক্কী লোয়শঙ অমতদা উদবা যাই, মরমদি নিংথৌগী ওইবা মুংভাইবগী ঈপাক্তা তাউহুনা লৈবা য়াই। অদুমকপু থবক খুদিংমব মানা তাকপা মতু ইন্না অমদি মাগী যাথংতনা তৌবনি হাযনা খঙগদবনি। পবমেশ্বব ভগবান্‌দি কদোইঙদস্তু নিবাকার নত্তে। প্রাকৃত জগংতা মহাকপু জ্ঞান ৱাংপা মীশিংনা উদবা যাই মাগী নিত্য ৱূপ অদুদা, মবমদুনা কবিগুপ্তা মতমদা মহাকপু নিরাকারনি হাযবা যাই। অদুবু তশেংবদি মহাক মহাক্কী বৈকুণ্ঠ লোকশিংদা মাগী নিত্যৱূপ অদুদা লৈ, অমস্তুং ব্রহ্মাণ্ডগী লোক অতৈ অতৈদা তোঙান তোঙানবা অবতার ওইনস্তু মাগী নিত্য ৱূপ-তা লৈরিবনি। মতাঙসিদা নুমীৎপু খুদম ওইনা লৌদসি চপ চাবনি। অহিংদা অমম্বদা নুমীৎপু মীওইবশিংগী মমীৎনা উবা যংদে, অদুবু নুমীৎসে মানা থোবক থোরকপা মযমদা উবা ফংঙী। পৃথিবীগী লমদম অমদা নুমীৎপু উবা যংদ্রগা নুমীৎকী মথি লৈতে হাযবা অর্থ লৌগদবা নত্তে।

বৃহদাবণ্যক উপনিষৎতা (১।৪।১) আত্মৈবেদং অগ্র আসীৎ পুরুষবিধঃ হাযবা মন্ত্র অমা যাওবি। মন্ত্রসি ভাক্তিবদি ভগবান্দি (কৃষ্ণদি) পুরুষাবতারগী মমাঙমক্তদা লৈ হাযবনি। ভগবদ্‌গীতাদা (১৫।৮) ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি পুরুষোত্তম নি হায়না হাযবি মবমদি মহাক পুরুষ-অক্ষর অমস্তুং পুরুষ ক্ষর দগীস্তু হেল্লী। অক্ষর পুরুষনা হাযবদি মহাবিষ্ণুনা প্রকৃতিদা মীৎযেং তাই, অদুবু পুরুষোত্তমদি মহুগী মমাঙদগী লৈরকবনি। ভগবান কৃষ্ণদি পুরুষোত্তম-নি হাযবা ভগবদ্‌গীতাগী বাসিবু বৃহদ আরণ্যক উপনিষৎনস্তু যারি।

বেদ থরদা হায়বা মতু' ইন্না হোরকপদা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মতত্বক লৈনম্মী। অদুম ওইনমক, নৈনরিবা শ্লোকসিগী মতুং ইন্না পবমেশ্বব ভগবানগী হকচাঙগী মভান্ ওইবা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মসে হেক থঙনবা কারণ (থোরকফম) হাযবা য়াই, কারণ পুম্নমক্কী কারণ ওইরিবা হাযবদি হেক-থংনবা-নত্তবা কাবণদি পরমেশ্বর ভগবান্নি। ভগবান্‌না নির্ব্বিশেষ ওইনা প্রাকৃত জগত্তা লৈ, মবমদি প্রাকৃত ইন্দ্রিযশিংনা পাম্বৈ ওইরগা ভগবান্ উবা ঙংদে। ভগবানবু উগে হায়রবদি প্রাকৃত ওইবা ইন্দ্রিয়শিংবু দিব্য ওইহন্‌গদবনি। মহাক মাগী থবক তৌহুনা মতম পুম্নমক্তা লৈবিবনি অদুগা মহাকপু বৈকুণ্ঠলোক

বাসীশিংনদি মমীৎনা উরিবনি। মরমসিনা মগাক প্রাকৃত ওইনদি নির্বিবশেষনি, রাষ্ট্রপতিনা সরকারগী লোয়শঙশিংদা শক্-উদবা ওইবগুম্না তৌবগুম (মছামক শরাইবা ওইনমক)। মতৌ অসিগুম্না ভগবান্দি মহাত্মী মরান্নাইদা নির্বিবশেষ নত্তে, মরমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহৌবমক্তদা হায়বগুম্না মাগী মরান্নাইহল্ মতম পুন্নমক্তা নিরস্তকুহকং-নি। মরমসিনা ভগবানবু নির্বিবশেষনি অমসুং সবিশেষনি হায়না শাস্ত্রশিংনা হায়বসে লৌবা য়াবা রানি। ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহম্ (১৪।২৭) হায়বা শ্লোকসিগী মতাঙদা ভগবান্গী রাসি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা য়াম্না কন্না ব্যাখ্যা তৌখ্রে। মরমসিনা মওঙ পুন্নমক্তা আত্মজ্ঞানগী অথুপ্পা শরুক্তি পরমেশ্বর ভগবানবু উপলব্ধি তৌবনি, মাগী নির্বিবশেষ ওইবহুবু উপলব্ধি তৌগদবা নত্তে। মরমসিনা মী খুদিঙনা তানগদবা অরোইবা পান্দমদি পরতত্ত্বগী নির্বিশেষত্ব অহুবু নত্তে, সবিশেষত্বহুবু উপলব্ধি তৌবনি। পরতত্বগী বিভু ওইবা গুণহুবু কনাগুম্বনা খঙগে হায়রবদি চফুগী মনুঙদা লৈবা নোংদোন্-থক অমসুং চফুগী মপান্দা লৈবা নোংদোনথক্ অর্নগী খুদম্না তেঙবাঙ-গনি। তৌইগুম্বসুং মহুগী অর্থদি ভগবান্গী অংশ ওইবা জীব অমনা পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবৎকনি হায়বা নত্তে, মহুগুম্বা দাবীদি ওইরোইদৌবা দাবীনি। মহুগী অর্থদি মায়ালাংদা খুরিবা জীবনা মাগী অরোইবা লাংদা থুবনি হায়না হায়বনি। ভগবানগা অমতা ওইগে হায়বদি দৈবীনায়ানা থাক্পা ইকোন্-কোন্না লাকনি। প্রাকৃত সৃষ্টিদা ভগবান্না নির্বিশেষ ওইনা লৈরবফাওবদা ঐখোয়না ভগবানবু হকৃথেঙননা ফংননবগী আশা তৌগদবনি, মহুনি পশ্চাদ্ অহম যৎ এতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম হায়বসিগী তাৎপর্য্যনি।

**সোঽহম্বং তেঽভিহিতস্তাত ভগবান্ বিশ্বভাবনঃ॥ (ভাগবত ২।৭।৫০)**

পরমেশ্বর ভগবান্ হরি নত্তনা সর্ব্বকারণকারণম্ (খোরকয়ম পুন্নমক্কী খোরকয়ম) ওইবা পোৎ অতৈ অমা লৈতে। মরমসিনা শ্লোক অহম্ এব হায়বসিনা পরমেশ্বর ভগবান নত্তবা অতৈমা লৈ হায়না কদৌঙৈদসু উৎতে, মবমসিনা ঐখোয়না ব্রহ্মসম্প্রদায়গী লম্বী হায়বদি ব্রহ্মাদগী নারদনাংগা অহুদগী ব্যাসদেব ফাওবগী লম্বীসি চৎপা তাবনি অহুনা ঐখোয়গী পুন্সিদা পরমেশ্বর ভগবানবু হায়বদি শ্রীহরিবু হায়বদি ভগবান কৃষ্ণবু উপলব্ধি তৌবনা ঐখোয়গী লক্ষ্য ওইহনগদবনি। ভগবদ্ভক্ত-শিংগী মফমদা পীথিবা শিক্ষাসি অর্জুনদসু পীথি অহুগা সৃষ্টি তৌরকপদা ব্রহ্মাদদ পীথি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ইন্দ্র, চন্দ্র অমসুং বরুণ নচিংবা দেবতাশিংসে লেপ্পমক থবক মখল-মখা তৌনবগী-দমক লৌবা ভগবান্গী তোঙান তোঙানবা শক ঙাক্তনি। প্রাকৃত সৃষ্টিগী পোৎচাক তেঙান তোঙানবশিং অমসুং শক্তি মখল পুন্নমক পরমেশ্বর ভগবান অহুগী ঙাক ওইবা য়াই, অহুগা মখোয় লোইংমক্না খোরকয়ম মরুদি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। পোৎকী মশা মরু অমদি উনাশিংদা আসক্ত ওইহনা ঙাংগদবগী শরুকপুদি পোৎকী মরুহুদা আসক্ত ওইগদবনি ঐখোয়। মসিনি নৈনরিবা শ্লোকসিনা তাক্লিবা পাদি।

শ্লোক ৩৪

**ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি।**
**তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথাভাসো যথা তমঃ॥ ৩৪॥**

ঋতে—নত্তনা; অর্থং—কান্নবা; যৎ—মহু; প্রতীয়তে—ওইবা মাল্লী, ন—নত্তে; প্রতীয়েত—মাল্লী; চ—অমসুং; আত্মনি—ঐগা (ভগবানগা) মরী লৈননা, তৎ—মহু; বিদ্যাৎ—নঙনা খঙগদবনি; আত্মনঃ—ঐগী (ভগবানগী); মায়াং—মায়াশক্তিবু; যথা—গুম্না; আভাসঃ—য়েৎরকপা মঙাল; যথা—গুম্না; তমঃ—অমম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মা। কান্নগদৌবা মান্‌বা পোৎ অহু ভগবান্‌ ঐগা মরী লৈনৱ্রবদি অওইবা নত্তে। মহুবু ঐগী মায়ানি হায়না খঙঙু, মহুদি অমম্বদা থোরকপা মানবা মঙানগুম্বনি।

### নৈনৱোল

সৃষ্টিগী মশক উৎলকপগী মত্তাঙ খুদিংদা—মানা শকউৎলকপা, লৈথবা, চাৎথৎলকপা, মাগা শক্তি অতৈগা থেঙ্গাইনবা, ময়েং তাথরকপা অমসুং মাঙথিবা—লোইনমকসিগা ভগবান্না। লৈবগা মৌলিক সম্বন্ধ অমা লৈ হায়বহু মমাঙগী শ্লোক অহুদা হায়খ্রে। মতৌ অসুম ওইবনা, ভগবানগা লৈনরিবা মৌলিক সম্বন্ধসিবু কাউবা মতমদা ভগবানগা সম্বন্ধ লৈতবা পোৎ মযাম্ব অওইবা পোৎনি হায়না তেক লৌবা মতমদা রাথন্দুবু ভগবানগী মায়ানা পুথোরকপা পোৎ কৌয়ি। মরমদি ভগবান যাওন্দবদি করিমতা লৈবা য়াদে হায়বনিনা বহিরঙ্গা শক্তিসিসু ভগবানগী শক্তি অমনি হায়বসি খঙদবা যাদে। পোৎ খুদিংমক ভগবানগা মরী লৈনহনবা হায়বা অচুম্বা রারোহ অসিবু যোগমায়া (তিন্নবগী শক্তি) কৌয়ি, অহুগা পোৎ অমবু ভগবানগা সম্বন্ধ লৈহন্দবা হায়বা অরানবা রাখলসিবুনা ভগবানগী দৈবীমায়া নৎত্রগা মহামায়া কৌয়ি। মায়া অনীসিসু ভগবানগা সম্বন্ধ লৈনৈ মরমদি মহাক্কা সম্বন্ধ লৈনদবা পোৎ অমতা লৈতে। মরমসিনা ভগবানগা সম্বন্ধ লৈহন্দবা হায়বা অরানবা রাখন্দি ওইদবা হায়বহু নত্তে, ওইদবনা অওইবা মানবা হায়বহুনি।

পোত্তা অমবু মতাংদা পোৎ অমনি হায়না শেরাম্নবা লৌববু মায়া কৌয়ি। খুদম ওইরগা, থৌরী অমবু লিল অমনি হায়না লৌবদি মায়ানি। অহুবু থৌরীহু ওইদবদি নত্তে। থৌরীহু শেরাম্না উরিবা মতমদা লৌবা মতমদা ওইদবা নত্তে অহুবু লৌরিবহুনি মায়াদি। মরমসিনা প্রাকৃত জগৎসিবু ভগবানগী শক্তিগা সম্বন্ধ লৈহন্দবা অরানবা রাখলসি মায়ানি, অহুগা মসি ওইদবদি (মিথ্যাদি) নত্তে। শেরাম্নবা রাখলসিবু অজ্ঞান কৌবা অমদা অওহবগী ৱৈরকপা মঙাল কৌয়ি। 'ঐগী শক্তিনা পুথোকপা' মান্দবা পোৎ খুদিংমক মায়া কৌই। জীববু নিরাকার বনি হায়বা নত্রগা ভগবানবু নিরাকাররনি হায়বসিসু মায়ানি। ভগবদ গীতাদা হায়রি (২।১২), মহুদি—লানফমদা অর্জ্জুনগী মাংদা লেপ্লম্বা লান্মীশিং, অর্জ্জুন মশামক অমসুং ভগবানযাওবা লোইনমক মমাংদৈঙদা লৈরম্মী, কুরুক্ষেত্র কৌবা লানফমদসু লৈবম্মী অহুগা মতুংদসু মথোয মীপুম অমমম ওইনা লৈগনি হায়বসি ভগবান্না লানফমদা অর্জ্জুনদা হায়খিবনি, মথোয লোইনমক্কা লৈদৌরিবাস হৌজিক তৌঙিক লৈরিবা হকচাঙসিনা তুমগ্রবা মতুংদসুনি অমসুং মায়া লাংদগী মুক্তি ফংলবা মতুংদসুনি। মীওম খুদিংমক্কা ভগবানসু জীবশিংসু মীপুম অমমন্নি অহুগা ভগবানগী অমসু জীবশিংগী ব্যক্তিগত লক্ষণশিংহু কদৌঙৈদসু মুত্তে, মায়াগী প্রভাব হায়বদি অমম্বদা য়েরকপা মঙান অহুতনি, ভগবানগী কৃপাদগী, মাঙহনবা যাবদি। প্রাকৃত জগত্তা থুমাংকী মঙানসু মীথাপোন্দবা নত্তে, অহুম্না থাজসুনি। মঙানগী অওহবা থোবকফমদি ব্রহ্মজ্যোতিনি, মসিনা ভগবান্‌গী চিন্ময় দেহদগী মঙান শন্দোকবকয়ি অমসুং মঙান্দুমক্কা মঙাল মথেল মথেল ওইনা য়ৈথোকপনি; মঙান মথেন্দুদি থুমাংকী মঙাল, থাগী মঙাল, মৈগী মঙাল, বিজুলীগী (নোংথাঙগী) মঙাল অসিনচিংবনি। মরমহুনা জীবাত্মাবু পরমাত্মা ভগবানগা মরী লৈনদে হায়বদি মায়ানি, 'ঐহাক পরমাত্মানি' হায়বদি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা মায়াগী অরোইবা লাংনি।

পরতত্ত্বদগী পোৎ পুম্নমক পোকপনি হায়বসি বেদান্ত সূত্রগী হেক হৌরকপদা হায়খিবনি। মমাঙথঙবা শ্লোক অহুদা হায়খিবগুম্না জীবশিংসি পরমেশ্বর ভগবান্দগী পোকপনি। ব্রহ্মা মশামক ভগবানগী শক্তিদগী পোকখিবনি অমসুং অতৈ জীব পুম্নমক ব্রহ্মানা থোঙ ওইবগা ভগবানগী শক্তিদগী পোকপনি; মথোয় কনামতনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈত্রবদি লৈবা য়াদে।

জীবগী নীঙতম্বা হায়বদুদি অশেঙবা নীঙতম নত্তে, ভগবান্দা লৈবা নীঙতমগী য়ৌরকপা মঙাল্লি। মায়াবদ্ধ জীবনা ভগবানগী নীঙতমবগুম্বা নীঙতম শেরাম্লনা তৌবা দাবী অদুদি মায়ানি। ৱাকমসি নৈনরিবা শ্লোকসিনা য়াবনি।

জ্ঞান-ৱাৎপা মীশিংনা মায়া লাংদা থুই, মরমদুনা বৈজ্ঞানিক-নি হায়বা মীতাশিং, দেহতত্ত্ববিৎশিং, জ্ঞানী হায়বশিংসিনা মুমীৎ-থা-অমদি বিজুলি-নচিংবগী মীৎ-থরুঙাই মঙাল্লা থকহনখিবনা পরমতত্ত্ব ভগবান্ হায়বদু লৈত্তে হায়রিবনি অদুগা প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী মরমদা মতবাত মখল মখল পুথোকয়ি। হীদাক্কী মাইবা অমনা মী অমগী দেহ-মুংদা আত্মা লৈ হায়বসি য়াদে, অদুবু অশিবা হকচাঙদা থবাই হাপ্লদি ঙমদে হকচাঙগী মপোৎ মচৈ শুনা লৈরবমু। মনোতত্ত্ববিৎ (*psycho-logist*) অমনা থোপকী ফীভম কল্লা নৈনৈ, মদুদা মানা খনবদি থোপ মপং অদু থবক তৌবা পুক্নীংগী (মন-গী) মেছিন্ অমগুম্না খল্লী, অদুবু মীনা শিরবা মতমদদি মনোতত্ত্ববিৎ অদুনা পুক্নীংবু থবক তৌহনবদি ঙমদে। ভগবান্গী সম্বন্ধসি তোক্লগা বৈজ্ঞানীকশিংনা প্রাকৃত জগৎপু নৈনরিবসে বুদ্ধিগী শাজেন মখল মখা হায়বদুনি, মমৈদদি মখোয় লোইনমক মায়া নত্তনা করিসু ওইরোই।

আধুনিক মতমগী প্রাকৃত সভ্যতাগী মত্তাঙদা ওইরিবা চাওখৎলবনি হায়রিবশিং অসে মায়াগী লাংনা কুপ্লিবা থৌরাংঙাক্কি। মায়াগী প্রভাব অনি লৈ, মদুদি কুপ্পনবা প্রভাব, অমনা লংখোক্লবা প্রভাব। লংখোক্লবা প্রভাবনা খুৎলাই ওইরগা মায়ানা জীবশিংবু অজ্ঞানগী (খঙদবগী) অমম্দা লংচল্লী, অদুগা কুপ্পনবা প্রভাব শীজন্নদুনা, ব্রহ্মা কৌবা জীব মকোক্তা জ্ঞান পীনখিরম্বা পরমেশ্বর ভগবান্ লৈ হায়বগী মরমদা জ্ঞান-ৱাৎপা মীশিংগী মমীৎ কুপশল্লী। ব্রহ্মাগা পরমেশ্বর ভগবান্গা অমতনি হায়না মফমসিদা দাবী তৌদে, মরমসিনা জ্ঞান-ৱাৎপা মীশিংনা ভগবান্গা ব্রহ্মাগা অমতনি হায়বা অপঙবা দাবীসে ভগবান্গী মায়াবু উৎপা অমনি। ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা হায় (১৬।১৮-২০) মদুদি—ভগবান্ লৈ হায়বা য়াদবা অসুরশিংবু অবিদ্যা হায়বা অমম্বদুদা মপোক মপোক খুদিঙদা হনজন্ হনজন্ লংথে অদুনা ভগবান্ লৈ হায়বসি থাজবা ঙমদে।

অদুমকপু জ্ঞানতাবা মীদি ভগবান্না তাকপীখিবা ব্রহ্মাজিদগী অমদি ভগবদ্গীতাদা ভগবান্না তাকপীখিবা অর্জ্জুনদগী গুরুশিষ্য পরম্পরা নাইনা চৎথরগদি জ্ঞান ভারকযি। মহাক্না ভগবান্গী বচন অদু লৌয়িঃ

অহং সর্ব্বস্য প্রভব মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে।
ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধাঃ ভাব-সমন্বিতঃ॥ (ভগবদ্গীতা ১০।৮)

ভগবান্দি পুম্নমক্কী থোরকফম্নি অমসুং সৃষ্টি-স্থিতি সংহারগী মখা পোল্লিবা পুম্নমক ভগবান্গী শক্তিনা লৈরিবনি। মসিবু খঙবা মীদি তশেংনমক পণ্ডিত অমনি, মরমদুনা মহাক ভগবদ্‌ভক্ত ওইদুনা ভগবান্গী প্রেমসেবা তৌয়ি।

জ্ঞান-ৱাৎপা মীগী মমীত্তা ভগবান্না মাগী শক্তি শীজন্নদুনা মায়া-লাং মখল মখল থাক্লবসু, জ্ঞান-তাবা মীদি খঙঙী মদুদি ভগবান্না মৈনা অনাপ্লদগী মৈশা অমসুং মৈঙান তুন্দোরকপা অদুগুম্না মাগী শক্তি ময়াম শীজন্নদুনা ঐখোয়না উবা ঙমদবা লমদম অবাপ্লদগী থবক তৌরকপা ঙম্মী। থাবনগী ঋষিশিংগী আয়ুর্ব্বেদ কৌবা লাইরিক্তা ভগবান্না পরতত্ত্ব ওই হায়বসিবু মখাগী ৱাহৈশিংনা তশেংনা তাক্লীঃ

জগদ্যোনেঃ অনিচ্ছস্য চিদানন্দৈকরূপিনঃ
পুংসোঽস্তি প্রকৃতির্নিত্যা প্রতিচ্ছায়েব ভাস্বতঃ
অচেতনাপি চৈতন্য-যোগেন পরমাত্মানঃ
অকরোদ্ বিশ্বম্ অখিলম্ অনিত্যম্ নাটকাকৃতিম্।

জগৎকী অপোকপা ওইরিবা পুরুষোত্তম (হুপা অথোইবা) অমত্তা ঙাম্নবা অমখক লৈ, মাগী শক্তিচুনা প্রকৃতি হায়চুনা মীৎথকহল্লঙাই ওইরগা থবক তৌয়ি। প্রকৃতিগী অসিগুম্বা থবক্তা জড ওইবা পোৎপু লেঙহল্লী ভগবান্‌গী শক্তিগা তিন্নরগা, অমস্তুং অপঙবগী মযমদা প্রাকৃত জগৎসি নাটক অমগুম্না উহল্লি। মরমসিনা প্রকৃতিগী নাটকসিদা জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা বৈজ্ঞানিক অমা ওইচুনসু নৎত্রগা দেহতত্ত্ববিৎ অমা ওইচুনস্ন জ্ঞান তাবা মীনদি প্রকৃতিবু ভগবান্‌গী মায়িক শক্তিনি হায়না খঙডী। ভগবদ্গীতানা য়ারবা অসিগুম্বা মীমাংসাগী মতুং ইল্লগা তশেংনা খঙবদি জীবশিংসু ভগবান্‌গী প্রকৃতিদগী থোরকপা শকউৎ অমনি, মচুদি প্রাকৃত জগৎসিবু ভগবানগী অপরা প্রকৃতিনা থোকহনবগুম্বনি। শক্তিনা শক্তিমান-গা অনীগী মরক্তা নৎত্রগা মৈগা মৈশাগা খেন্নবা ইলৈ লৈতবগুম তৌরবস্ন পরাপ্রকৃতিনা ভগবান ওইবদি য়াদে। মৈগী মৈশা লৈরবস্থ মৈশাবু মৈনি হাযবা য়াদে। অসিগুম্বা অচম্বা পোৎ ফাওবা বুদ্ধি বাৎপা মীনা খঙবা ঙমদে, অচুনা মৈগা মৈশাগস্থ পোৎ অমতনি হায়না লৌযি। মৈশা কৌবা মৈগী শক্তিসিস্থ মৈনা ছন্দোরকপা পোৎ অমনি মৈ মশামক্তি নত্তে। মরমসিনা জীবনা ওইরিবা শক্তিসি ভগবান্দগী ছন্দোরকপা অমনি ভগবান্‌মক্তি কদৌঙৈদস্ন নত্তে। ভগবান্দগী ছন্দোরকপা মঙাল জীবনা ওইবনা জীবনা লৈবদি ভগবানগী মপান্ননি মবমদি ভগবান্ থোক্রুকলম ওইবা মঙান্দুনি। প্রাকৃত শক্তিসে অমম্বগা চাংদম্নবা যাই মরমদি মা মশামক অমম্বনি (তমঃ-নি) অচুগা জীবশিংনা অমম্বদা তৌবা থবক লোয়নমক মূল ওইবা মঙালগী ছন্দোরকপা পোৎ-ঙাক্তি। পরমেশ্বর ভগবানবু খঙগে হাযরবদি শ্লোকসিগী তুং-মাঙ ওইবা সম্বন্ধদগী খঙগাদবনি। ভগবান্‌গী শক্তি অর্নাসিনা লম্নাই তাবদি মায়ানি হাযনা হায়নৈ। খঙদবা কৌবা অমম্ববু মঙালগী ছন্দোরকপা শরুক্তনা কোকহনবা কনাস্থ ঙম্মোই। মতৌ অচুগুম্না, মীচমদা লৈবা ছন্দোরকপা মঙাল্লা পান্থে ওইবগা প্রাকৃত জীবনদগী নাম্তোকপা ঙম্মোই; নাম্তোরবা মঙান্দি মূল ওইবা মঙান্দুদগী ৎংগদবনি। অমম্বদা নুমীৎ মঙালগী ছন্দোরকপা মঙাল্লা অমম্বা অচুবু তাম্তোকপা ঙমদে, ছন্দোরকপা মঙান্দু নত্তবা নুমীৎ মঙান্দুনা অমম্ববু মপুং ফানা তাম্তোকপা ঙম্মী। অমম্বদা কনামতনা কা অমদা পোৎ উবা ঙমদে। মরমচুনা অমম্বদা মীনা লিন্ অমদি বৃশ্চিক-না (তীন-নাকোংবীনা) চিক্কদ্রা হায়না কি, হায়রিবা লিন্নচিংবসি কাওদা লৈত্রবস্থ। অচুগা অঙানবদদি পোৎ পুম্বা মশক শেংনা উবা যংঙী, অচুনা লিন্-কাঙনচিংববু কিরম্বচু কোকয়ি। মরমচুনা মী খুদিংনা ভগবান্দগী মঙান্দা চঙজংদবনি (ভগবদ্গীতা অমদি ভাগবতমদা হাযবগুম্না); ভগবানগা সম্বন্ধ লৈতবা ছন্দোরকপা মঙালগুম্বা মীতাদা চঙজগদবা নত্তে। ভগবান্ লৈববু থাজদবা মীতানা তৌবা গীতা অমদি ভাগবত পাঠবু শ্রবণ তৌবা চুমদে। অচুগুম্বা মীদি হান্নদগী মাঙজরবনি অচুগা মাঙজরবা মীতাচুগুম্বগা সঙ্গ তৌবা মীস্থ অচুম মাঙজরবনি।

পদ্ম পুরাণগী ৱা মতুং ইন্না, প্রকৃতিগী মন্নুঙদা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড শীঙনাইদবমথৈ লৈ, অচুগা মথোয় পুম্বা মম্মী। ব্রহ্মাশিং য়াওনা ককচেঙদগী হৌরগা জীব খুদিংমক (শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী শীঙনাইদবা ব্রহ্মা মযাম লৈ) অমম্বদা পোকপনি; অচুনা নুমীৎকী মঙাল্লা পান্থে ওইরগা নুমীৎপু উবদৌনা জীব খুদিংমক্তা ভগবানবু উননবা ভগবানদগী মঙাল লৌগদবনি। নুমীৎপু উবদা শক্তি লৈবা থাউমৈ নৎত্রগা মৈরানা কন্নিমতা মত্তং পাঙবা ঙমদে। নুমীৎতি মথন্তনা যোঙদোক-চবনি। মরমসিনা ভগবান্‌গী শক্তি ময়ামগী থবকপু হাযবদি ভগবান্ মছামক্কী থবকপু খঙবা ঙম্বদি ভগবান্‌গী মমল-য়াওদবা কৃপাতনা পান্থে ওইরগদা ঙমগদবনি। নিরাকারবাদীশিংনা ভগবানবু উবা ঙংলোই। ভগবানমক্কী মঙাল্লা ভগবান্‌বু উবা ঙমগনি, মীওইবগী ৱাথল-শাগৎপনদি মত্তং

ওইরগা উবা ঙম্মোই। শ্লোকসিদা মওানসিবু থোইদোক্লা 'বিজ্ঞাৎ' হায়বা ৱাহৈসিনা ফোঙদোকয়ি; 'বিজ্ঞাৎসি' ভগবান্না ব্রহ্মাদা তাওথরকপা য়াথংনি। ব্রহ্মাদা হকথেংননা তৌরিবা য়াথংসি ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শকউৎনি, অদুগা হায়রিবা শক্তিসি ভগবান্বু মায়য়োক্লনা উননবগী পাম্বৈনি। ব্রহ্মাদমক নত্তনা, ভগবানবু হকথেঙননা উননবা ভগবদ্-কৃপা ফংলবা মী খুদিংনা করিগুম্বা কল্পনাগী পাম্বৈ য়াওদ্রবস্ত পরমেশ্বর ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবা ঙমগনি।

শ্লোক ৩৫

**যথা মহান্তি ভূতানি ভূতেষূচ্চাবচেষ্বনু।**
**প্রবিষ্টান্যপ্রবিষ্টানি তথা তেষু ন তেষ্বহম্ ॥ ৩৫ ॥**

যথা—গুম্না; মহান্তি—বিশ্বমূক চাওবা; ভূতানি—পোৎচাকশিং; ভূতেষু উচ্চ-অবচেষু —অরাঙবা অনেম্বদা; অনু—মতুঙদা, প্রবিষ্টানি—চঙলম্মী; অপ্রবিষ্টানি— চঙলমদে; তথা—অদুগুম্না; তেষু— মথোয়দা; ন—নৈতে, তেষু—মথোযদা; অহম্—ইছামক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মা। (ক্ষিতিনচিংবা) মহাভূতশিংসে ব্রহ্মাণ্ডশিংদা মতম অনতদা চঙস্ল চঙই, চঙস্লু চঙদে। মতৌ অদুগুম্না ঐহাক ইছামকস্ল সৃষ্টি পোৎ খুদিঙদা লৈ অদুগা মতম অমদা পোৎশিংগী [illegible] মদস্ল লৈ।

নৈনরোল

প্রাকৃত সৃষ্টিগী মহাভূতশিং হাযবদি ক্ষিতি (লৈপাক), অপ্ (ঈশীং), তেজ (মৈ), মরুৎ (নুংশীৎ), আকাশ (অতিয়া) হাযবা মহাভূতশিংসে লোইনমক সৃষ্টিগী পোৎ খুদিঙদা চঙই। সৃষ্টিগী পোৎশিং হায়বদি সমুদ্র, চীঙ, ঈশীংগী পোৎশিং, পাম্বীশিং, লিন্নচিংবা, শা উচেকশিং, মীওইবা, দেবতাশিংনা প্রাকৃত জগত্তা উরিবা পূম্নমকসিনি। মথোয়সিদা চঙলিঙ মতম অদুমক্তদা মথোয়গী পোংমদস্ল মহাভূতশিংসে তোঙান্ তোঙান্না লৈ। পোৎশকখঙবা হেঙ্গৎলাকপগী মতাঙদা প্রকৃতিগী নিদা ভমসং শারীরতত্ত্ব মীওইবনা থিগৎপা ঙম্মী, বিজ্ঞানশিংসিগী যুম্‌যম ওইবা পোৎশিংদুদি মহাভূতশিংসি চাক্লা ওইবা নত্তনা অতৈ করিমতা ওইরমদ্রে। মীওইবগী হকচাঙ, চীঙগী হকচাঙ, পক্ষীগী যাওনা দেবতাশিংগী হকচাঙ পূম্নমক ক্ষিতি অপ্-তেজনচিংবা মচাকশিংগী ডাক্লি অদুগা মতম অমংদা মহাভূতশিংসে হকচাঙশিংগী ৱাংমদস্ল লৈ। ইহান্ হান্‌বদা মহাভূতশিংসিবু শাবনি, মথমদুন ভুংদা মথোয়না হকচাঙগুংদা চঙবনি; অদুবু ফীভম অনীমক্তা মথোযনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা চঙঙী অদুগা চেস্ল চঙদে। মতৌ অদুগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না মরম্নাই শক্তিশিং হাযবদি অন্তরঙ্গা অমস্তং বহিরঙ্গা শক্তি শীজিন্নদুনা প্রাকৃত জগৎকী পোৎলম খুদিঙগী নুংদা লৈ অদুগা মতম অমতদা হান্নদা হাযথবা বৈকুণ্ঠলোক হায়বা অডুদা লৈ। ৱাকমসিদা ব্রহ্মসংহিতাদা মথাগী অস্থুম্না য়াম্না ফজনা হায়রি (৫।৩৭):—

**আনন্দচিন্ময়রসপ্রতিভাবিতাভি-স্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ**
**গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি।**

"মহাকী সৎ চিৎ-আনন্দগী ওইবা অন্তরঙ্গা শক্তি শীজিন্নদুনা, মাগী স্বরূপকা মান্নবা ওইনা অমস্তং কলা ওইনা খঙনরবা মাগী শকফম লৌরিবা প্রেয়সীশিংগা (নুংশিবীশিংগা) লোয়নরগা মছামক ওইরিবা ভগবান্না গোলোক-ধামদা লৈ; অদুগুম্বা আদিপুরুষ (ইহান্‌হান্‌বা মুপা) গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজৈ।"

মহাক্কী অংশ-কলা থোরকপগী ৱাস্থ ব্রহ্মসংহিতামক্তদা (৫।৩৫) শব্দোক্কা তাক্লিঃ—

**একোঽপ্যসৌ রচয়ীতুং জগদণ্ডকোটিং যচ্ছক্তিরস্তি জগদণ্ডচয়া যদন্তঃ।**
**অণ্ডান্তরস্থপরমাণুচয়ান্তরস্থং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥**

"মহাক্কী অংশ অমনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা অমস্থং পরমাণু খুদিঙদা চঙলিবা মতৌ অস্থম্না মহাক্কী ঙমথৈ নাইদবা শক্তিবু উৎলিবা—অদুগুম্বা আদিপুরুষ ভগবানবু ঐনা খুরুমজৈ।"

নিরাকারবাদীশিংনা পরব্রহ্মদি মতৌ অস্থম্না সর্ব্বব্যাপী ওইরিবনি হায়না খনবা নত্রগা থেংনবা য়াই; মরমদুনা ব্রহ্মনা সাকার ওইবদি ওইথোক্তে হায়না মথোয়না ৱারেপ্পী। মতাঙসিদনি মহাক্কী (ভগবান্গী) মরমদা দিব্যজ্ঞানগী অথূপ্পা ৱাদি। অথূপ্পা অসিদি ভগবৎ প্রেম হায়বদুনি। অসিগুম্বা ভগবৎ প্রেম অসিনা পাথোকপমথৈ থম্মোইশুংদা লৈরিবা মীনা ইলায় লায়না ভগবান্‌বু পরমাণু খুদিংদা অমস্থং থাংদোক থাংজিন য়াবা য়াদবা পোৎলম খুদিংমক্তা উবা ঙম্মী। অদুগা মতম অমতদা মহাক্কা পরমেশ্বর ভগবানবু মশামক্কী মরানয়াই গোলোক্তা মহাক্কী নিত্যপার্ষদশিংগা শান্নরিদুনা নুংঙাইনা লৈবস্থ উবা ঙম্মা। উরিবসিনি ভগবাননা অহানবদগী হায়বগুম্না (সরহস্যং তদঙ্গং চ' ওইরিবা আত্মজ্ঞানগী রহস্য (অথূপ্পা ৱা) হায়বদো। রহস্যসিনি পরতত্ত্বগী জ্ঞান হায়বদো। অদুনা জ্ঞানমার্গীশিংনা মবুদ্ধি পুথোকুনস্থ ভগবানবু উবদি শূক-ও ওইথোর্রোই। অথূপ্পসি খঙগে হায়ববদি ব্রহ্মসংহিতাদা (৫।৩৮) ব্রহ্মাজিনা তাক্লিবা মখাগী মওংসিদদা ওইবা যাগনিঃ—

**প্রেমাঞ্জনচ্ছুরিতভক্তিবিলোচনেন সন্তঃ সদৈব হৃদয়েষু বিলোকয়ন্তি।**
**যং শ্যামসুন্দরমচিন্ত্যগুণস্বরূপং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥**

"শুদ্ধ ভক্তশিংনা মমীত্তা প্রেম কৌবা কাজল-তৈরগা, মথোয়গী থম্মোয় লবাক্তুংদা দর্শন তৌজরিবা পরমেশ্বর ভগবান গোবিন্দবু ঐনা খুরুমজৈ। গোবিন্দসি আদিপুরুষ শ্যামসুন্দরনি, মহাক চিন্ময় গুণ পূর্ণমক্কা তিনবনি।"

মরমসিনা কৃষ্ণপ্রেম লৈতবা জ্ঞানমার্গীশিংনা পরমাণু-খুদিংদস্থ লৈবা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু উবা ফংদবা যাই; অদুগে ওইননক মহাক প্রেম লৈবা ভক্তশিংগী মফমদদি শকউৎলি। ভগবানবু হুংশিন্না হায়বসে ভগবানগী প্রেম-সেবা তৌবতনা যংবা ঙম্মী, অতৈ উপায় অমতনা যংবা ঙমদে। ভক্তগী মীৎয়েঙদি অচৎনা নত্তে, প্রেম সেবাতনা শেংদোক্লবা মীৎযেঙনি। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মহাভূত-শিংনা ব্রহ্মাণ্ডগী হুং-পান অনীনক্তা লৈবগুম্না, লাইতাক শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা নৎত্রগা মায়িক ব্রহ্মাণ্ডদগী য়াম্না য়াম্না লাপথ্রবা বৈকুণ্ঠ-লোকশিংদা শান্নবিবা ভগবান্গী মিং, শক, গুণ, লীলাশিং, অমস্থং পরিকরনচিংবদু ভক্তশিংগী থম্মোই লকানুংদা উবা ফংঙী। জ্ঞান-ৱাৎপা মীনদি প্রাকৃত বিজ্ঞানগী দূরদর্শনগী মতেঙনা লাপ্প লাপ্পবা পোৎ উবা ঙম্বস্থ, ভক্তনা উরিবা গোবিন্দগী লীলানচিংবসি উবা ঙমদে। তশেংনমক, ভক্তিবোমদা থোইনা চাংখৎলবা মীতাদনা মাগী থম্মোই লাইযুমদা অন্নাপ্পদগী য়েংবকপা ভগবান্গী বাজ্যদু দর্শন তৌয়ি। ভগবানবু উপলব্ধি তৌবগী অথূপ্পা ৱাদি অসিনি।

ভগবান্ মী অমদস্থ অমদস্থ মায়াগী বন্ধনদগী মুক্তিদি পীথোকয়ি, অদুগা ভগবৎ-প্রেম হায়বদুদি, নাবদনা হায়বগুম্না (মুক্তিং দধাতি কর্হিচিৎ স্ম ন ভক্তি যোগম্) ভগবান্না য়াম্না তাঙনা পীবিয়ে। অসিগুম্বা ভগবৎ-প্রেমসি কয়ামুক ঙক্তশগে হায়ববু মতীকচাবা ভক্তগী চিত্তদো মাগী অনুভূতিদুদগী সূক্ষ্মেও-লেঙদবমথৈ চিত্তবৃত্তি ময়ামদু তৌফম থোকপা তৌদুনা লৈ। মতৌ অসিনা হায়রিবনি মদুদি ভক্তগী থম্মোয়দা ঈহৌরকপা ভগবৎ-প্রেমদি অথূপ্পা অমনি। ব্রহ্মাজিনস্থ হায়না

নারদদা হায়খি মদুদি ব্রহ্মাগী বাসনা পূরণ ওইদবা অমতা য়াওদে মরমদি মহাক্না ভগবৎ-প্রেমদা লুপতুনা লৈ, নৎত্রগা ভগবৎ সেবা নত্তনা অতৈ বাসনা অমতা তৌরুদে। মদুনি ভক্তি যোগগী ফজবা অমদি রহস্য হায়বদো। ভগবানগী ইচ্ছাদি লৈখা তাবা য়াদে মরমদি মহাক মশামক অচ্যুত (লৈখা-তাদবা) হায়বদুনি, মতৌ অদুগুম্না ভগবানগী সেবাদা ভক্তনা পাম্বা পূম্নমকসু অচ্যুতনি, লৈখা তাবা য়াদবনি। অদুম ওইনমক ভক্ত নত্তবা মীনদি স্পর্শমণিগী মগুণ খঙবদা বাবগুম্না প্রেম সেবা খঙদনদি হায়রিবা রাসি খঙবা রাগনি। স্পর্শমণি হায়বসে য়াম্না তাঙনা ফংবগুম্না ভগবানগী শুদ্ধ ভক্ত হায়বসে মুক্তাত্মা কোটি কোটিগী মনুঙকাওবা তাঙনা উবা য়াই। জ্ঞান-যোগনা ফংবা সিদ্ধি মখল পুম্নমক্তগী ভক্তি যোগনা খ্বায়দগী ইরাও রাংঙী, কম্বি হাযনি যোগমার্গগী সিদ্ধি মখল নীপান্দগীসু পুঙহেন-হেন্না রাংঙী। মরমসিনা ভগবদ্গীতাদা ভগবান্না ভক্তিযোগী মরমদা অর্জ্জুনদা অস্তুম্না তাকখিঃ—

**সর্ব্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।**

"ভগবদ্গীতানা তাক্‌পা রাশিংগী মনুংদা থ্‌প্লেন-থ্‌প্পা বা অসি ঐঙোন্দগী অমূক হন্না ননাকোঙনা তাও।"

**ইদং ভাগবতং নাম যন্মে ভগবতোদিতম্।**
**সংগ্রহোঽয়ং বিভূতিনাং ত্বম্ এতদ্‌বিপুলীকুরু।**

ব্রহ্মানা নারদদা হায়রম্মী, নঙোন্দা ঐনা ভাগবতম্‌গী মরমদা ঙাঙলিবা পুম্নমক ভগবান্না ঐঙোন্দা শুগাইনা তাকপীখিবা ঙাক্তনি। অদুনা ভগবানবু প্রেমসেবা তৌরগা ভক্তিযোগগী রহস্যবু মীয়াম্না লাযনা খঙবা ঙম্নবা ঐনা তাক্লিবা বিষযশিংসে নঙনা শুগাইনা পাক্না শন্দোক্নবা নচোন্দা হায়রিবনি। ভগবান্ মহামক্না ভক্তিযোগগী রহস্যসি ব্রহ্মাদা ফোঙদোকখিবনি হায়বসি কাউবা চুমদে। রহস্যসিমক ব্রহ্মাক্তিনা নারদদা তাকপিখিবনি। মসি নারদনা ব্যাসদা তাকখিবনি, ব্যাসনা শুকদেব গোস্বামীদা তাকখিবনি। অদুগা শিষ্য মথঙ মথঙ তৌদুনা রহস্যসি চৎথবক্লিংনি। কনাগুম্বনা লাইবক ফদুনা রহস্যসি শিষ্য-পরম্পরা ওইনা লাকপদা যংবা থোক্লবদি মহাক্না শ্রীভগবান্‌গী রহস্য অমসুং ভগবানগী শব্দাবতার শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অথ্‌প্পা বারোল খঙবা ঙমগনি।

শ্লোক ৩৬

**এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মনঃ।**
**অন্বয়ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ স্যাৎ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা॥**

এতাবৎ -অসিফাওব', এব—লেপ্পমক; জিজ্ঞাস্যং—হংনঙাই, তত্ত্ব—তত্ত্ব (অওইবা); জিজ্ঞাসুনা—হংনীঙবা মীনা; আত্মন —(ভগবান্) মহামক্কী; অন্বয়—ওইশনবা, ব্যতিরেকাভ্যাং—নাকোইননা; যৎ—মদু, স্যাৎ—ওইবা য়াই, সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা; সর্ব্বদা—মতম পুম্নমক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানবু খঙনীঙবা মীনা ফীভম পুম্নমক্তা হায়বদি মফম-মতম পুম্নমক্তা বিধি নিষেধ তুংইন্না মসি ফাওবা থিগদবনি।

নৈনরোল

মমাঙগী শ্লোকসিদা হায়রিবগুম্না, ভক্তিযোগগী রহস্য (অথুপ্পা বা) ফোঙদোকপনা বাহং লোইনমক্কী পোলোই মতাঙনি হায়বদি খঙনীঙগনবশিংগী বাংলেন্ বাংবা পান্দম্নি। খুদিঙমক—কর্ম্মযোগ,

জ্ঞানযোগ ধ্যানযোগ, রাজযোগ, ভক্তিযোগ-নচিংবা মথল মথলগী পাম্বৈনা আত্মাবু উপলব্ধি (মছাগী শক খঙনবা) তৌননবা হোংনরিবনি। আত্মা-উপলব্ধিগীদমক্তা হোংনবদি বুদ্ধি-লৈবা জীব খুদিঙগী দায়িত্বনি। বুদ্ধি-লৈবা মীদি আত্মতত্বগী, ব্রহ্মাণ্ড মতাঙদা, পুন্সিগী সমস্যাশিংগী মরমদা— হায়বদি সামাজিক, রাজনৈতিক, আর্থিক, সাংস্কৃতিক, ধার্মিক, নৈতিক-নচিংবা বিষয়দা অমদি বিষয়শিংসিগা মরী লৈনবা মতাঙদা খঙনীঙহনা হংজল্লী। হংলিবা পুম্নমকসিগী পন্থুংগী মরমদো তাক্লী মফমসিদা।

বেদান্তসূত্র দর্শনদো পুন্সীগী মরম ওইবা রাহংসিনা হৌয়ি অদুগা ভাগবতম্না রা পুম্নমক্কী রহস্যগী পাউখুম পীরি। ব্রহ্মানা পাম্লম্বদি পরমেশ্বর ভগবাম্না মপূঙফানা তাকপীদুনা মহাকপু শিক্ষিত ওইহন্‌বিবদুনি; ভগবাম্না অহমেব-দগী হৌরগা এতাবদেব-ফাওবদা লোম্বা শ্লোক মরিদা শিক্ষা পীখি। আত্মানুভূতিগী সাধন ময়ামগী অরোয়বা পোংতি অসিনি। মীওইবনা অমম্বদা যৈরকপা লংত্রিক-লংবা মঙান্দা ঙাওখিবনা ম.খায়গী অরোয়বা পন্থুংদি বিষ্ণুনি হায়বদি পরমেশ্বর ভগবাম্নি হায়বসি খঙদে মতৌ অম্না মী খুদিংমক সংসারগী ময়েনমম্বা লমদমদু তম্না চঙশল্লি— লাকংমদবা ইন্দ্রিয়শিংনা থৌজনবদগী। সংসার (সুম্বান্‌বা) হায়বসি যৌনভোগ-না মরু ওইরগা থোরকপা বাসনা (অপাম্বা) ময়াম থুংননবা হোংনবদগী চোংখংলকপনি। জ্ঞান কনা চাওখংলবসু জীবশিংগী তৌরুবা থবক পুম্নমক্কী অরোয়বা পন্থুংদি ইন্দ্রিয় পেলহন্‌বনা ওইরি। অদুবু শ্লোকসিদদি পুন্সীগী অওইবা পন্থুং কুপিনো হায়বদু তাক্লি; অদুনা মী খুদিঙনা ভক্তিযোগ-খঙবা গুরুগী মফমদা পন্থুংসিগী রারোল হংলগা খঙননবা তৌগদবনি নংখ্যা ভাগবতম্‌গী পুন্সী লেপ্লিবা কনাগুম্বা মুপা অমদগী হংজনগদবনি। শাস্ত্রগী মরমদা রা কয়া কয়া মীপুম খুদিঙনা হঙঙী, অদু আত্মা উপলব্ধি তৌনীঙবা মী খুদিংমক্না পাম্বা পাউখুম পুম্ননক শ্রীমদ্ভাগবতম্না পীবিয়ে। চাননী রাহংশিংসি খঙনিঙলবা অমনা য়াম্না রানা অইন কনবগা লোয়ননা ব্রহ্মাজিদগী মথঙ-মথঙ লাকপা গুরু অমদা হংগদবনি, মদুনি মসিদা তাক্লিবা রাসে। মবনদি অথুপ্পা রাদি ভগবাম্না ব্রহ্মাজিদা ইহান হান্না ফোঙদোকখিবনি; আত্মা উপলব্ধিগী মবমগী অথুপ্পা রাদি শিষ্য পরম্পরা লাকুনা ভগবানগী প্রতিনিধি ওইবা অমম্তুং ময়াম্না অদুম্না খঙনরবা মীদগীদা হংফম থোকয়ি। অসিগুম্বা অশেঙবা গুরুতনা রা পুম্নমক শাস্ত্রগী মতেঙনা তাকপা ঙম্মী। মী খুদিমক মসিগী মতাঙদা শাস্ত্র নৈনবদি যাই হায়ববু গুরু অশেঙবা অমনা লমজিংবিগদবনি; মসিনি নৈনরিব শ্লোকসিনা তাক্লিবা রাদি। অশেঙবা গুরুদি ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি; ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী ব্রহ্মানা লৌখিবা পূকচেন্দা মী খুদিংমক মাগী গুরুগী য়াথং ইনগদবনি। মদুগুম্বা শিষ্য গুরুগী পরম্পরাগী গুরু অমনা কদৌঙৈদসু মহাক ভগবানমক্কি হায়না দাবী তৌযদে, বরিগুম্বা গুরু ওইরিবা মহাক্না ভগবান্‌বু শিষ্যদা ফংহন্‌বা ঙম্মী হায়বগীদমক ভগবান্দগী মহাক্না চাউবা হেল্লী হায়বা রাখন্দগী। শিক্ষানা নংত্রগা বুদ্ধি থৌবনা ভগবান্‌বু ফংবা য়াদে তশেংবা গুরু অমগী মখুথাঙ নত্তনদি।

মীমাংসাসি ফংননবা শাস্ত্রশিংনা হকথেংননা পাউতাক পীরি, অদুবু বুদ্ধি-চোইরবা জীবশিংনা অমম্বদা যৈরকপা মঙান্দা ঙাওবদগী শাস্ত্রশিংনা হায়রিবা অওইবা রাদু থিবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়রগা, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণতবু লক্ষ্য ওইনা থমগদবনি হায়না শ্রীমদ্‌ভগবদগীতানা তাক্লী, অদুবু ব্রহ্মাদগী পরম্পরা লাকপা বিশুদ্ধ গুরু লৈতবনা নংত্রগা সাক্ষাৎ শ্রোতা অর্জুনগুম্বা নত্তবনা মতীক নত্তবা মীতাশিংনা মাগী মাগী মচিং মতুং ইন্না গীতাগী অর্থ শেয়ান্-তুরান্ হন্দোকয়ি। চিংননঙাই লৈতনা বৈকুণ্ঠ-আকাশদা ভগবদ্‌গীতাসে থায়দগী হেন্না লংবা থবাম্মচাকশিংগী মরক্তা অমনি হায়না লৌরিবনি, অদুবু গীতাগী টিকাশিংদু টিকারশিংনা মানা মানা পুনীঙবা মঙঙদা পুখিবনা গীতাগী

ছাত্রনা মায়ালাংগী অরঙবদা মমীৎ খত্তুনা লৈ। অসিগুম্বা ছাত্রশিংদি ভগবদ্‌গীতানা শেংনা খঙহনব্বা ঙমদে। ভাগবতম্‌গী চতুশ্লোক অসিদা তাক্লীবা ৱাহ্ চপচানা গীতানসু তাক্লিবনি। অহুবু মতীক -নত্তবা মীশিংনা তৌবা অরান্‌বা ব্যাখ্যানা মরম ওইহুনা গীতাগী উপদেশ অহু য়ৌনা খঙনদ্রে। ভগবদ্গীতাদা তম্বংনা তাক্লি (১৮।৬১):—

ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জুন তিষ্ঠতি।
ভ্রাময়ন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া।

ভগবান্না জীব পুম্নমক্কী থম্মোইহনুংদা (পরমাত্মা ওইনা) লৈ। মহাক্না মাগী বহিরঙ্গা শক্তি ওইবী মায়া শীজিন্নহুনা প্রাকৃত জগত্তা জীব পুম্নবু নিয়ন্ত্রণ তৌয়ি। ভগবান্‌দি নিয়ন্তা মকোক্নি অহুগা জীবশিংবু মহাক্না নিয়ন্ত্রণ তৌবনি হায়বসি তশেংনা হায়রি। হায়রিবা ভগবদ্‌গীতাসিমক্তদা (১৮।৬৫) ভগবান্না মথাদা হায়রিবসিগুম্না য়াথং তাউখ্রি:—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।
মাং এবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে।

ভগবদ্গীতাগী শ্লোকসিদগী খঙবদি অসিনি মহুদি মীখূদিঙনা ভগবান্‌বুদা থনগদবনি, মাগী ভক্ত ওইগদবনি, মাগী পূজারি ওইগদবনি, অহুগা ভগবান কৃষ্ণদা খুৎমগদবনি, হায়বসিনি মতৌ অহুম তৌরগা ভক্তহুনা শোয়দনমক মরান্‌য়ায় শ্রীভগবান্‌গী নাক্তা হনগনি।

অমরোমদা হায়রগা বেদগী মতুং ইন্না শেমগৎপা মীওইবগী সমাজসে কবম্না শেম্নমবগে হায়বব্ জীব খুদিংমক ভগবান্‌গী হকচাঙ মপুমগী শরুক ওইনা শেম্নবনি। বুদ্ধি-লৈবশিংনা হায়বদি ব্রাহ্মণশিংন ভগবান্‌গী মায়থোঙদা, ক্ষত্রিয়শিংনা ভগবান্‌গী পাঙ্গোমদা, লৌউ শিংউবা বৈশ্যশিংনা ভগবান্‌গী খাঙদ অহুগা খুৎনা নোম্বা শূদ্রশিংনা ভগবান্‌গী খোংদা লৈ। মরমসিনা সমাজ মপুমসি ভগবান্‌গী হকচাং ওইনা শেম্নি। হকচাঙহুগী ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র হায়বা শরুকশিংগী মথৌদি মখোয় ময়াম তিন্নহুনা ভগবান্‌গী হকচাঙবু সেবা তৌবনি। নত্রগদি শরুকশিংনা অমত্তা ওইবগী মর্তাক চাব ঙম্লোই। জগৎ পুম্নমক অমতনি হায়বগী ৱাখল্দি ভগবানগা মরী লৈনবা লে ইনমম্না খোঙমান্নন ভগবানগী সেবা তৌরগদা পাঙথোকপনি। মহুতনা সিদ্ধি ফংবদা শোযবোইদৌবনি। মরমসিন চাউর-চাউরবা বৈজ্ঞানিকশিং, অচৌবা দার্শনিকশিং, অচৌ অচৌবা মনোহর্শীশিং, অচৌবা রাজনীতি-ৱালাশিং, অচৌবা শিল্পীশিং, অচৌবা সমাজ সংস্কারকশিং নাকংন প্রাকৃত জগৎকী শান্তি-যৎনব সমাজদা শান্তি পীবা ঙম্মোই, মরমদি ভাগবতমদা হায়রিবা ভক্তিযোগগী রহস্য খঙদম থোকয়ি হায়বা সিদ্ধিগী অথুপ্পা ৱাসি মখোয়না খঙদে। ভগবদ্গীতাদসু (৭।১৫) হায়রি:—

ন মাং দুষ্কৃতিনো মূঢ়াঃ প্রপদ্যন্তে নরাধমাঃ।
মায়য়াঽপহৃতজ্ঞানা আসুরং ভাবম্ আশ্রিতাঃ॥

মীওইবা সমাজগী অচৌবা নেতানি হায়বা শাবশিংনা ভক্তিযোগ হায়বা অচৌবা জ্ঞানসি লৈতবা মরম্না অহুগা ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা শক্তি হায়বা মায়ানা তাওহনবদগী ইন্দ্রিয় পেম্নবা প্রবক তাক্তা তৌবা মরম্না মখোয় ভগবান্‌গী মথক্তা ঙকনবা বিদ্রোহী তাক্লি। মখোয়না ভগবান্দা আত্মসমর্পণ কদৌউদসু তৌদে মরমদি মখোয় অপঙবনি, যত্নবদা তৌবনি অহুগা মীওইবক্তা খ্বায়দগী তোনব তাংনি। অসিগুম্বা নাস্তিকশিংনা মায়িক বিদ্যাদা য়াম্না ৱাংবা বিদ্বান ওইজবা য়াই, অহুবু অওইবমক্তি মখোয়দো জগৎতা খ্বাইদগী পঙবা মীতানি মরমদি মায়া লাংদা থুখিবনা মখোয়না জ্ঞান ফংলে হায়বা শাবদো করিমতা কান্নদবা ওইনা থোকয়ি। মরমসিনা হৌজিকী মওংদা জ্ঞানগী চাওখৎপা

অচুদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা তৌরিবা হুই হৌদোংশিংনা শেরান্না শীজন্নবগুম্বনি। বিজ্ঞান, দর্শন, ললিতকলা জাতিয়তাবাদ, আর্থিক উন্নতি, ধর্ম্ম অমস্তুং অচৌ-অচৌবা থবক্কী লমদা ফংবা জ্ঞানচু অশিবা মীগী হকচাঙদা থোনবা ফিজেৎ-লৈতেংগুম শীজন্নবদগী মাঙচুনা তোকয়ি। অশিবগী কাযথুম ওইরিবা ফিজেৎ-লৈতেংচু অপঙবা মীয়াম্না পঙথা থাগৎপা নত্তনা করিস্তু ওইদে। ভক্তিযোগগী মতাঙচু য়ৌবা ঙমদ্রবদি মীওইবনা তৌজরুবা পুন্নমক উত্তা ঘী হৈবগুম্বনি। অস্নুম্না হায়রি মচুদিঃ—

**পরাভবস্তাবদ্ অবোধ-জাতো যাবান ন জিজ্ঞাসত আত্ম-তত্ত্বম্।**
**যাবৎ ক্রিয়াস্তাবদ্ ইদং মনো বৈ কর্ম্মাত্মকং যেন শরীর-বন্ধঃ॥ (ভাগবত ৫।৫।৫)**

আত্মাণুভূতিগী রা খঙননবা তৌগদবনি হায়বসি খঙদ্রিমখৈদি প্রাকৃত কর্ম্ম পুন্নমক, য়াম্না চাওবা কর্ম্ম ওইচুনস্তু মায়থীবা পরেং ঙাক্তনি মরমদি অসিগুম্বা তৌফম থোক্তবা অমদি তোংজনঙাই ওইদবা থবক্কা মীওইবগী পুন্সি-পান্দম থুংবা ঙমদে। মীওইবগী হকচাঙগী মথৌদি মায়া-লাংদগী অরানখুভম ফংবনি। অচুগা মায়িক কর্ম্মদা লপ্পিবা মতমগী মখৈ মচুগী মন অচু মায়াগী ইবৈ লাংদা থুডুনা লৈগনি, অচুম তৌবা মরম্না মহাক মপোক মপোক খুদিঙদা প্রাকৃত দেহদা পোকুনা লৈগনি।

**এবং মনঃ কর্ম্ম-বাসং প্রযুঙ্ক্তে অবিদ্যাত্মনি উপধীয়মানে।**
**প্রীতির্ন যাবন্ময়ি বাসুদেবে ন মুচ্যতে দেহযোগেন তাবৎ॥ (ভাগবত ৫।৫।৬)**

অরাবা কয়ামা খাঙনবা হায়চুনা কনাগুম্বগী পূর্ক্সীনা হকচাঙ মথল মথল পোক্‌হল্লী। মরমসিনা পূর্ক্সীংনা সকাম কর্ম্মদা লপ্পিবমখৈ পূর্ক্সীদো অবিদ্যাদা (অজ্ঞান দা—খঙদবদা) লুপ্লিবনি হায়বা খঙ-নদৌবনি। মতৌ অস্নুম্না ভগবৎ-প্রেম পোক্তিবমখৈ মহাক মাযালাংদা থডুনা লৈগদবনি। ভগবান্দি বাসুদেবনি। পরমেশ্বর বাসুদেবগী চিন্ময় নাম, রূপ, গুণ অমদি লীলাদা লপ্পা হায়বদি পুবচেন্দু মায়িক ওইবা পোক্তা পাম্বা তৌক্তুনা অমতা ঙায়বা জ্ঞান অচু ফংনবা তৌবনি। অচুম তৌরগা মাযালাংদগী লাপ্তোক্তুনা মায়িক দেহদা ফা-পুন্দবা ওইগনি।

শ্রীল জীব গোস্বামী প্রভুপাদনা সর্ব্বত্র সর্ব্বদা হায়না শব্দশিংগী মরমদা টিকা হনবদা হায়রম্মী মচুদি ভক্তিযোগদি ফীভম পুন্নমক্তা তৌবা য়াই, হায়বদি অপৌরুষেয় শাস্ত্রশিংদা ভক্তিযোগ চৎকদবনি হায়, ভক্তিযোগ অসি মহাজনশিং পুন্নমক্তা চৎলী, মসি মতম পুন্নমক্তা চৎনি, মরম পুন্নমক্তা মসি শীজন্নবা য়াবনি। অপৌরুষেয় (লাইতাক ওইবা) শাস্ত্রশিংগী মরমদা গোস্বামীভিনা ব্রহ্মা অমস্তুং নারদগী মরমদা স্কন্দপুরাণদগী মথাগী শ্লোকসি লৌখৎলম্মী ঃ—

**সংসারেঽস্মিন মহাঘোরে জন্ম মৃত্যু সমাকুলে।**
**পূজনং বাসুদেবস্য তারকংবাদিভিঃ স্মৃতম্।**

অমম্বা অমস্তুং খুদোঙ থীবরা, পোক্‌পা শিবা নাইরবা, মথল মথাগী নুংশাথীবনা থল্লা লৈরিবা প্রাকৃত জগৎসিদা (সংসারসিদা) সংসার-বন্ধন দগী নাম্পোক্নবা অমতা ঙাযবা উপায়দি ভগবান্ বাসু-দেবগী প্রেম-সেবাতনি। বাফমসি দার্শনিক পুন্নমক্তা য়াবনি।

পদ্ম-পুরাণ, স্কন্দপুরাণ অমস্তুং লিঙ্গপুরাণ কৌবা পুরাণ অহুমসিদা য়াম্বা শ্লোক অমস্তু শ্রীল জীব গোস্বামীনা লৌখৎলী। মচু মথাদা পীরি।

**আলোড্য সর্ব্বশাস্ত্রাণি বিচার্য্য চ পুনঃ পুনঃ।**
**ইদম্ একং সুনিষ্পন্নং ধ্যেয়ো নারায়ণঃ সদা।**

"লাইতাক শাস্ত্র পুন্নমক হন্-হন্দুনা থিরগা অচুগা হন্না হন্না বিচার তৌরগা যংবদি ভগবান্ নারায়ণতনা অমতা ঙায়বা পরম তত্ত্বনি অমস্তুং মহাক্তবু মতম পুম্বদা ইড়াংকদবনি হায়না লেপ্পী।"

হায়রিবা বাফমসিমক গরুড় পুরাণ-দা নাকোয়ননা মথাগীস্নুম্না হায়রিঃ—

**পারং গতোঽপি বেদানাং সর্ব্ব-শাস্ত্রার্থ-বেত্ত্য অপি।**
**যো ন সর্ব্বেশ্বরে ভক্তস্তং বিদ্যাৎ পুরুষাধমম্।**

"বেদ লোইনা ৱাত্তবমথৈ হৈরবসু, অদুগা শাস্ত্র পুম্নমক খঙলবসু সর্ব্বেশ্বর (পুম্নমকী মবুংঙো) ভগবান্গী ভক্ত নত্তবা মহাক্তুদি মীওইলক্তা থ্বাইদগী তোনবনি হায়না খঙগদবনি।"

মসিগা মান্নবা অমসু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা (৫।১৮।১২) নাকোয়ননা মথাগীসি হায়রিঃ—

**যস্যাস্তি ভক্তির্ভগবত্যাকিঞ্চনা সর্ব্বৈগুর্ণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ।**
**হরৌ অভক্তস্য কুতো মহদ্-গুণঃ মনোরথেনাসতি ধাবতো বহিঃ।**

"পরমেশ্বর ভগবান্দা হন্‌বা-নাইত্রবা ভক্তি লৈরবা মীহুদি দেবতাশিংগী অফবা গুণশিংহু চেল্লবনি। অদুগা ভগবান্গী ভক্ত-নত্তবা মীদি গুণ অফবা ফংবদি লায়রহুনা চমল্লবা ৱাথন্দা তুংকোইদবা মায়াদা লুপ্পুনা লৈ।" শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না হায়রি (১১।১১।১৮):—

**শব্দ-ব্রহ্মণি নিষ্ণাতো ন নিষ্ণায়াৎ পরে যদি।**
**শ্রমস্তস্য শ্রমফলো হ্যধেনুমিব রক্ষতঃ।**

"বেদশাস্ত্র পুম্নমক্তা নীঙথিনা হৈরবা কনাগুম্বনা পরতত্ত্ববু উপলব্ধি তৌবা ঙমদবদি মহাক্কী শিক্ষাপুম্বা শাগী পোৎলুমগা নৎত্রগা শঙোম শুম্বদি হৈতনা শম্মোম লোইবগুম্বনি।"

মতৌ অসুম্না, ভগবান্দা ভক্তি তৌবদি মী খুদিঙনা তৌবা যাই, করি হায়ধনি, নুপীশিং শূদ্রশিং, জঙ্গলদা লৈবা উপজাতিশিং অদুগা পাপযোনিদা পোকপা জীব অতৈসু ভক্তি তৌবা য়াই।

**তে বৈ বিদন্তি অতিতরন্তি চ দেবমায়াং স্ত্রী-শূদ্র-হূণ-শবরা অপি পাপ-জীবাঃ।**
**যদি অদ্ভুত-ক্রম-পরায়ণশীলশিক্ষাস্তির্য্যগজনা অপি কিমু শ্রুতধারণা যে। (ভাগবত ২।৭।৪৬)**

ভগবান্গী প্রেম-সেবা য়োনা হৈরবা গুরুনা প্রশিক্ষণ তৌবিবগদি য়াম্না তোল্লবা জাত্তা পোক্লবা মীতাসু ভক্তি-জীবনগী ৱাংলেন-ৱাংবা থাক্তা কাহন্‌বা য়াই। অসিগুম্বা মীতাবু-যাওবা পৃথংপা য়ারবদি বেদ-হৈরবা অৱাওবা থাক্কী মীতাগীদি করিমুক হায়নঙাই লৈরি? ৱা হাযববু—ভগবদ্ভক্তিদি লোইনমক্তা তৌবা য়াই, মখোয়দো জাৎ অম-অমগী ওইরবসু—হায়বনি। ভক্তিসেবা তৌরিবা পুম্নমক্কী ওইনা হায়বা ৱাফম্নি অসি।

মরমসিনা মতীক-চাবা গুরু অমগী মফমদগী শিক্ষা ফংলগা ভগবৎ ভক্তি মাওইবা-নত্তবা জীব অতৈ ওইরবা ফাওবনা চৎকদবনি। ৱা সি গরুড় পুরাণদা মথাগীসুম্না হায়রিঃ—

**কীট-পক্ষি-মৃগাণাঞ্চ হরৌ সন্ন্যস্তচেতসাম্।**
**উদ্ধ্বামেব গতিং মন্যে কিং পুনর্জ্ঞানিনাং নৃণাম্।**

তীন-কাঙ, উচেক ৱায়া চমসুং শা ঙা ফাওবনা ভগবানদা প্রেম-সেবা তৌননবা মচা মচাবু কৎথোকচববদি ৱাংলেন ৱাংবা পুন্সী থাক্তা শোয়দনমক কাহল্লবোইদি মীওইলক্তা য়াওবা জ্ঞানীশিংগীদমক্তি কবি অমুক হায়রুগনি?

মরমসিনা ভগবৎ ভক্ত ওইননবা মতীক চাবা ভক্তি পাম্বা মীতা থিববগী কান্নবা লৈতে। মখোয়দো লমচৎ-নাইদবা নৎত্রগা ৱাংক ৱাতেমদবা ওইগে ওইসনু, মখোয়দো পণ্ডিত নৎত্রগা মূর্খ ওইগে ওইসনু, মখোয়দো সংসারদা য়োনা আসক্ত নৎত্রগা বিরক্ত ওইগে ওইসনু, মখোয়দো মুক্তাত্মা নৎত্রগা মুক্তি পাম্বা ওইগে ওইসনু, ভক্তি সেবাদা হৈশিংবা ওইগে ওইসনু নৎত্রগা ওইরোই হায়রবসু হায়সনু—মখোয় লোয়নমক গুরুগী পাওতাক ইন্না প্রেমভক্তি সাধন তৌরগদি ৱাংলেন ৱাংবা মফমহুদা মখোয়বু পুথৎপা য়াগনি। ৱাফমসিবু ভগবদ্গীতাদা মথাগীসুম্না হায়রি (৯।৩০,৩১):—

**অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মাম্ অনন্য-ভাক্।
সাধুরেব স মন্তব্যঃ সম্যগ্ ব্যবসিতো হি সঃ।**

**মাং হি পার্থ ব্যপাশ্রিত্য যেঽপি স্যুঃ পাপযোনয়ঃ।
স্ত্রিয়ো বৈশ্যাস্তথা শূদ্রাস্তেঽপি যান্তি পরাংগতিম্।**

কনাগুম্বনা মখল পুম্বগী পাপকী থবক্তা লুপ্লবসু গুরু অমনা নীংথিনা তাকপীরগা ভগবান্গী প্রেম সেবাদা চঙলবদি মহাকপু সাধু অশেঙবনি হায়না শোয়দনমক থনগদবনি। মীওইবা খুদিংমক—করি হায়নি, লৈখা তাবী নুপী, বুদ্ধি রাৎপা শিম্মী, বুদ্ধি রাৎপা লল্লোনবা নত্রগা হায়রিবশিংদগী হন্থবা মী—ভগবানগী খোঙ থম্বান্দা থরাই-য়াওনা চঙজরবদি ভগবানগী নাক তান্না চৎতুনা খ্বাইদগী রাংবা খুভম ফংবা ঙমগনি। থরাই য়াওবা হায়রিবসিদনি মী অমনা চেনগদবা গুণদি, গুণ অসিত্তনা মী অমবু পুন্সিগী রাংলেন রাংবা থাক্তা পুখৎকনি; থরাই য়াওবসি পোত্তি্রমখৈদি লৃবা-লুদবা অমদি বিদ্যা লৈবা লৈতবা হায়বা মায়িক বিচারগী খেন্নবতু অতুম লৈগনি। মৈদি মতম পুম্বদা মৈ ওইতুনা লৈ, অতুনা কনাগুম্বনা খঙনবু ওইরে খঙদনবু ওইরে মৈ শ্লোক্লুববদি মৈত্থনা মাগী ওইবা মওঙদা পাক অতুম তৌরক্কনি—কনাবুনো হায়বা খন্দবমথৈ। রাদি অসিনিঃ হরিঃ হবতি পাপানি দুষ্টচিত্তৈরপি স্মৃতঃ। হুমীৎনা মাগী শক্তিচেনবা মওান্না তীন্ হাৎপা ভম্বগুম্ সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্না ভক্তগী পাপ পূম্নমক কোক্থোকপিগনি। “ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তবু মায়িক সুখনা চিংশনবা ঙম্মোই।” শাস্ত্রশিংদা পাউতাক লীশীঙ-লক্কা লৈ। আত্মারামাশ্চ মুনয়ঃ—“মুক্তাত্মাশিংবু ফাওবা ভগবানগী প্রেম সেবা-না চিংঙী।” কেচিৎ কেবলয়া ভক্ত্যা বাসুদেব পরায়ণাঃ—নাকোঙনা তাবতনা অহৃগা লৈযেংনা শোন্বতনা ভগবান্ বাসুদেবগী অচৌবা ভক্ত অমা ওইবা ঙম্মী। ন চলতি ভগবৎ পদারবিন্দাল্লবনিমিষার্দ্ধমপি স বৈষ্ণবাগ্র্যঃ—কনাগুম্বনা ভগবানগী খোঙ থম্বান্বু মৈৎকৃপ অমা যাওবা থাদোক্তু্রবদি মহাকপু বৈষ্ণব মকোক্তি হায়না লৌগদবনি। ভগবৎ-পার্ষদতাং প্রাপ্য মৎসেবযা প্রতীতং তে—“শুদ্ধ ভক্তশিংনা ভগবান পার্ষদ ওইগনি চেৎনা থাজে, মতৌ অস্মুম তৌবনা মখোযনা ভগবানগী প্রেমসেবাদা মতমচৎপা লুপ্তুনা লৈ।” মরমসিনা মহাদেশ পূম্নমক্তা, ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্তা প্রেমভক্তি সে চৎনৈ, মহুনি শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না অমস্তুং মাগা মরী লৈনবা শাস্ত্রশিংনা হায়বা রাদি। মকম খুদিঙদা হায়বদি ভগবান্না তৌবা সৃষ্টিগী লমদম খুদিঙদা হায়বনি। ভগবানবু সেবা তৌবদি ইন্দ্রিয় পূম্নমক্না তৌবসু যাই। দক্ষিণ ভারতকী ব্রাহ্মণ অতুনা মপুক্লীংতনা ভগবৎ-সেবা তৌবগা তশেংনমক ভগবান্বু ফংখি। ভক্তিসেবাগী মতংদা ভক্ত অমনা মহাক্কী ইন্দ্রিয় ময়ামগী মনুঙদা অমথক্তবু মপুঙফানা চঙহল্লবদি সিদ্ধি ফংবা শোয়দ্রবনি। ভগবান্বু সেবা তৌবদি পোৎলম অমতনা তৌবা য়াই—যাম্না চমথ্রবা পোত্তা—লৈ, পত্র, উহৈ নৎত্রগা লাইজ- ব্রহ্মাণ্ডগী মযম খুদিংদা ফংবা ঙম্বা অতুগা মমলসু তিংদবা—অমা বৎলগা য়াই; মতৌস্মুম্না ব্রহ্মাংগী জীব খুদিংনা ব্রহ্মাণ্ড শীম্বুংনা সেবা তৌবা য়াই। মাবু সেবা তৌবদি নাকোঙনা তাবৎসু য়াই, কীর্তনতনসু নৎত্রগা মাগী লীলা পাঠ-দনসু যাই, মহাকপু লুনা (আদর) তৌবনসু অতুগা মাবু য়াবদনসু য়াই।

ভগবদ্গীতানা হায়বদি কনাগুম্বনা মাগী বর্ম্ম ফলতু কৎলগদা সেবা তৌবা য়াই; মহাক্না তৌরিবা থবক্তো অমা হেক্তা ওইবা য়াই। সাধারণ ওইনা মীশিংনা হায—মখোযনা তৌবা খুদিংমক ভগবান্না অণুপ্রেরণা তৌবা ভাক্তি, তৌইগুম্বসুং মতুনা লোইবা রা নত্তে। মী খুদিংনা ভগবান্গী মনাই অমা ওইনা ভগবানগীদমক্তা থবক চাননা তৌগদবনি।

**যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোসি দদাসি যৎ।
যৎ তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্॥**

নঙনা তৌনীঙবা অমা তৌ নৎত্রগা তৌবদা নঙোন্দা লায়গদবা অমা তৌগে তৌ, নঙনা চাবা য়াবা পোৎ অমা চাগে চাও, নঙনা কৎথোকপা অমা কৎকে কৎলু, নঙনা দান তৌনীঙবা অমা তৌগে তৌ, অদুবু থবক খুদিংমক মহাক্কীদমক্তি হায়নদা তৌগদবনি। নঙনা কারবার তৌরবদি নৎত্রগা ফম অমা নাইরবোইদি, থবক অদু ভগবান্গী থবক তৌরিবনি হায়না তৌ। নঙনা কৈনোমা চাবা তারবা চাননবা পোৎ অদু হান্না ভগবান্দা কৎলু অদুগা ভগবান্ মশামক্তা পোৎ অদু হারগা অমুক নঙোন্দা হল্লকনি হায়বসে থাজৌ। মহাক্তি মপুঙ ফাবা মপুম্ অমনি, মরমদুনা মাগী ভক্তনা কৎপা পোৎ অদু ভক্তবু মুংশিবদগী মহাক্কা হাদোকয়ি, অদুবু অমুক ভক্তগীদমক অচাপোৎ অদু প্রসাদ ওইনা হল্লগা মদু ভক্তদুনা খুল্লগা হরাওনবা হায়দুনা হন্দোক্লকয়ি। অমরোমদা হায়রগা, ঈশ্বরগী মনাই ওইয়ু অমসুং মদুগী ভাবনাদা শান্তিদা পুন্সী লেল্লু। মদুম লেল্লগা মমৈথংদা নরানয়াইদা হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা হল্লু হায়বনি।

স্কন্ধ পুরাণদা হায়রি—

যস্য স্মৃত্যা চ নমোক্ত্যা তপো-যজ্ঞ ক্রিয়াদিষু।
নূনং সম্পূর্ণতামেতি সদ্যো বন্দে তমচ্যুতম্॥

ঐনা অমাও-অতা-লৈতবা (অচ্যুত) ভগবানবু খুকমজৈ, মরমদি মহাকপু নীংশীংবতনা নৎত্রগা মাগী পবিত্র নাম শোনবতনা মী অমনা তৌবা তপ, যজ্ঞ অমদি থবক অতৈবু মপুঙ ফাহনবা ভক্তী অদুনা নিয়মসি পুম্নমক্তা ঙাক্তুনা চৎফম থোকয়ি।

শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়রি (২।৩।১০)ঃ—

অকামঃ সর্ব্বকামো বা মোক্ষকাম উদারধীঃ।
তীব্রেণ ভক্তিযোগেন যজেত পুরুষং পরম্॥

কনাগুম্বা মী অমগী অপাম্বা য়াম্না লৈবা য়াই নৎত্রগা সূক্লে-লৈতবা য়াই, অদু ওইববস্ু মপুংফাবা ওইননবগীদমক মহাক্কা অরেম্বদা মাঙত্রবা ভক্তিযোগ অসি চৎপা যাই। লাইয়াম (দেবদেবীশিং) লৈরিবা খুদিঙমকপু পেল্হন্দবা য়াদে হায়না খোয়রাঙগদব। নত্তে মরমদি মখোয় পুম্নমক্কী থোরক্যমদি পরমেশ্বর ভগবান্নি। উপাম্বীগী মকদা ঈশীং হৈবগা উশা উনাপুম্ববু সেবা তৌবনি অমসুং হিংহনবনি হায়বগুম পরমেশ্বর ভগবানবু সেবা তৌরগা অদুম লাইয়ামবু সেবা তৌবা হায়বচ শক্লে, মখোয়গীদমক তোঙান্না কৈস্ু তৌত্রবস্ু য়ারে। ভগবান্দি সর্ব্বব্যাপীনি, মরমদুনা মঙোন্দা তৌবা সেবাস্ু সর্ব্বব্যাপকনি। রাফমসি স্কন্দপুরাণ-দা প্রমাণ ওইবা শ্লোক মথাদা লৌথৎলিঃ—

অর্চ্চিতে দেবদেবেশে শঙ্খচক্রগদাধরে।
অর্চ্চিতাঃ সর্ব্বদেবাঃ স্যুঃ যতঃ সর্ব্বগতো হরিঃ॥

পরমেশ্বর ভগবান্—শঙ্খ-চক্র-গদা পদ্ম-পায়বা মহাকপু লাৎলবদি অদুম মচানা দেব-দেবী অতৈবুস্ু লাৎলবনি, মরমদি পরমেশ্বর হরিদি সর্ব্বব্যাপীনি (পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনি)। মরমদুনা, কর্ত্তা, কর্ম্ম, করণ, সম্প্রদান, অপাদান, সম্বন্ধ অমসুং অধিকরণ হায়বা কারকবিভক্তি পুম্নমক্তা ভগবান্দা তৌবা প্রেমসেবা হায়বসিনা মী পুম্নমকপু কান্নহল্লী। ভগবান্বু লাৎলিবা সেবক, লাৎলিবা ভগবান্ মচামক, ভগবান্বু লাৎপগী ওইরিবা মরম, পোৎ হুল্লিবা পোৎথোকফম, লাৎফম ওইবা মফমনচিংবা—পুম্নমক অসিগুম্বা ইরাৎপনা কান্নবা ফংহল্লি।

মরমসিনা ভগবান্‌গী গুণ কীর্ত্তন মতম পুম্বদা মফম পুম্বদা তৌগদবনি। মী খুদিংমক্না মাগী গুণ শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌগদবনি অমসুং মতম পুম্বদা মাগী যশোগুণ নিঙশিংগদবনি, মরমদি মহুনা প্রস্তিগী মহৈ য়াম্মবা থাক্লি। সকাম কর্ম্মদি দেহগীদমক্নি, যোগ হায়বদুসু যৌগিক শক্তি ফংলগদা লোইবনি, জ্ঞান মার্গগী পান্দমসু চিন্ময় জ্ঞান ফংবগী থ্রাহুতনি, চিন্ময় জ্ঞান ফংবসু মোক্ষ ফংলগা লোইবনি। হাংলিবা লম্বীশিংসে চৎপদি অশোয-অঙামসু য়াম্না থোক্কল্লী। অদুগা ভক্তিযোগ-গীদি ঙমথৈ লৈতে অদুগা লৈখা তাননবগী তাঞ্জাসু লৈতে। ভগবানগী কৃপানা পস্থুংদো অদুম লৌযি। ভক্তিযোগগী অহানবা মতাংদা জ্ঞান চঙগদবা মাল্লী, অদুবু কাখৎলক্লবা মতাংদা জ্ঞানগী বা চঙদে। মরমসিনা অকারমগী রা লাকপদা থ্বায়দগী ফবা অদুগা শোয়বসু শোযদ্রবা অকারমদি ভক্তিযোগদা চঙবনি।

মমাঙ থাবিবা শ্লোক মরিসিগী ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতমগী সাবাংশবু নিরাকারবাদীশিংনা মখোয়গী উদ্দেশ্য থুংনবা হায়দুনা করি ক'বগুম্বা মতমদা শেমদোকযি। অদুবু থাউমদা ওমদি শ্লোক মরিসে ইহান হেক হানবদা ভগবান্মক্না হায়খিবনি, অদুনা ভগবানবু শকখংদবা নিরাকারবাদীনা শ্লোকশিংদু চঙবা ওল্লোই। মরমসিনা নিরাকারবাদীনা নানা ব্যাখ্যা তৌদুনা মখোয়গী মঙ লাকখংনবা তেংবসু ব্রহ্মাদগী মথঙ মথঙ লাকপা মীতাশিংনা মখোয়গী ব্যাখ্যাশিংদো লৌবিরোই হায়নসে মতুংদা লাকপা শ্লোকশিংনা তাক্লি। অদুদসু নত্তনা, শ্রুতিনসু হায়রি—পনক্ত ওইবা ভগবান মহাক্তি বিদ্যাগী গর্ব্বনা নাপল্লিবা কনাগুম্বগী মফমদা শকউৎতে। শ্রুতি মগী শেংনা হায়রি (কঠ-উপনিষৎ ১ | ২ | ২৩) —

**নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো ন মেধয়া ন বহুধা শ্রুতেন।**
**যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যঃ তস্যৈষ আত্মা বিবৃণুতে তনুং স্বাম্।**

রাপুম্বা ভগবান মশামগা ব্যাখ্যা তৌরম্বনি, সাংরা ভগবানবু খঙবা শংনবা মতম শ্রীমদ্ভাগবতমগী অর্থদি ভাগবতশিংনা তাকপীবা নত্তনদি খঙবা ঙম্মোই।

শ্লোক ৩৭

**এতন্মতং সমাতিষ্ঠ পরমেণ সমাধিনা।**
**ভবান্ কল্পবিকল্পেষু ন বিমুহ্যতি কর্হিচিৎ ॥ ৩৭ ॥**

এতৎ—মসি, মতম মত, সমাতিষ্ঠ—ফজনা চৎলু, পরমেণ অযোবী; সমাধিনা—পূর্ণ নুংনা; ভবান—নহাক, কল্পবিকল্পেষু—মরক্কী অমসুং অবোযবা কল্পদা, ন বিমুহ্যতি—বুদ্ধি চোহরোই, কর্হিচিৎ—কদোইদসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মা! নপুক্কীং পুংলুপ লুয়া মত অসি ইন্দুনা চৎলু, নাপম্মা নঙবু কল্প বিকল্প দা কদোইদসু শেরান্না রাখল খলহল্লোই।

মৈনরোল

ভগবদ্গীতাগী দশম অধ্যায়দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা 'অহম্ সর্ব্বস্য প্রভবঃ— নচিংবা শ্লোক মরিদা গীতাগী রা পুম্নমক্প শমজল্লগুম শ্রীমদ্ভাগবতম পুম্ববু, অহমেবাসম অগ্রে নচিংবা শ্লোক মরিদা শমজল্লে। ভাগবতকী মত অপুম্বা শঙ শ্রীমদভাগবতকী মূল বক্তানা মতৌ অমুম্না ব্যাখ্যা তৌরগে, মূল বক্তাসি ভগবদ্গী মূল বক্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণতুনি। শ্রীমদ্ভাগবতমসিগী শ্লোক মরিসিগী অবাণবা-ব্যাখ্যা-পীনীঙবা ব্যাকরণ-নৈনবা অমদি খোল্লাং-থানা-য়েৎনগন্‌বা ভক্ত-নঙবা মীতা য়াম্না লৈ, অদুনা ভগবান্ মশামক্না তম্বিখিবা মত অসিদগী খোঙযম অমা ফাওবা হন্দোক্তুনবা ব্রহ্মাদা ভগবান্না

**তেষাং সতত-যুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্**
**দদামি বুদ্ধিযোগং তাং যেন মাং উপযান্তি তে।**

মতম পূম্বদা প্রেমগা লোয়নননা (প্রীতি-পূর্ব্বকম্) ভগবান্‌গী সেবা তৌদুনা লৈরিবা ভক্তশিংদ' কৃপা তৌদুনা ভগবান্‌গী নাক তান্না য়ৌননবগী পাউতাক সাক্ষাৎ ওইনা পীনবিয়ে। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী শ্লোক মরিসিবু লম্নাই রাথন্না মতেং ওইদুনা থগনবা হোৎনফমে। অদুম্না তৌবগী মহুত্তা ব্রহ্মাজিনা তৌখিবগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্‌গা সাক্ষাৎ উনরগা মহাক্কী লৈফম বৈকুণ্ঠলোক অদুগী মরমদা মরোল পুন্নমক থগবা ঙম্মী। অসিগুম্বা বৈকুণ্ঠ লোক দর্শন তৌবদি ভগবৎ ভক্ত খুদিংনা প্রেমভক্তিগী ফল ওইনা সত্ত দশাদা লৈবা মতমদা ওইথোক্কনি।

গোপাল-তাপনী উপনিষদ্ (শ্রুতি) অদুদা হায়রি-- গোপবেশ মে পুরুষঃ পুরস্তাদ্ আবির্বভুবঃ ভগবান্না ব্রহ্মাগী মমাঙদা গোপ (শনজেম্নহা) ওইনা থোরকখি, হায়বদি ব্রহ্মাজিনা মাগী ব্রহ্মসংহিতা-দা মতুংদা বর্ণন তৌখিবা মূলতত্ত্ব পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ ওইনা থোরকখি (৫ | ২৯):

**চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু কল্পবৃক্ষ লক্ষাবৃতেষু সুরভীরভিপালয়ন্তং**
**লক্ষ্মীসহস্রশতসম্ভ্রমসেব্যমানং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি।**

গোলোক বৃন্দাবন কৌবা বৈকুণ্ঠলোক অদুদা লৈবা, মকমদুদা সুরভি কৌবা শল ময়াম মহাক্না গোপ ওইনা য়োক্লিবা লক্ষ্মী (গোপী) লীশিং কয়ানা নুংশিনা অমসুং লুনা মহাকপু সেবা তৌরিবা অদুগুম্বা আদিপুরুষ শ্রীগোবিন্দবু (শ্রীকৃষ্ণবু) ঐহাক্না ভজন তৌজে।

মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান্নি (কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং) রাফমসিসু উপদেশ অসিদগী থগবা ঙম্লে। পরমেশ্বর ভগবান্দি শ্রীকৃষ্ণনি, নারায়ণ হায়বদি পুরুষাবতারশিংদি নত্তে, মরমদি মখোয়দো কোন্না উৎলকপা শক্তম ঙাক্নি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্না পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ভাবনাদুনি অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্না ভগবদ্গীতানা ওইবগুম খোন্ চৈবা মহুৎনি। মতৌ অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি ভগবান্‌গী ভক্তনি, মদুদা ভগবান্ অমসুং মাগী লৈকল চপচানা থগবা ঙম্মী।

শ্লোক ৩৮

**শ্রী শুক উবাচ**
**সম্প্রদিশ্যৈবমজনো জনানাং পরমেষ্ঠিনম্।**
**পশ্যতস্তস্য তদ্ রূপমাত্মনো ন্যরুণদ্ধরিঃ ॥ ৩৮ ॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ -শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়; সম্প্রদিশ্য —ব্রহ্মাজিদা মপূঙফানা তাকপীরগা; এবম্---মতৌ অসুম্না; অজনঃ - পরমেশ্বর ভগবান্; জনানাম্— জীবশিংগী; পরমেষ্ঠিনম্— পুচিংবা মকোক ব্রহ্মা; পশ্যতঃ—মানা উরিঙৈদা; তস্য—মহাক্কী (ভগবান্‌গী); তৎ-রূপম্- শক্তম অদো; আত্মনঃ— মশামক্কী; ন্যরুণৎ---থুপখি; হরিঃ— ভগবান্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মকমদা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা হায়রম্মী---পরমেশ্বর ভগবান হরিনা মহাক্কী দিব্যরূপ অদুদা মশাবু উৎলগা জীবমকোক ব্রহ্মাদা পাউতাক পীরবা মতুংদা থুপখিরম্মী।

নৈনরোল

ভগবান্‌দি 'অজনঃ'-নি হায়বদি পরম পুরুষনি হায়না অমসুং ভগবান ব্রহ্মাদা চতুশ্লোকী ভাগবতম তাকপীবা মতমদা ব্রহ্মাদা মশাগী দিব্যরূপ অদু (আত্মনঃ রূপম্) উৎলম্মী হায়বসি শ্লোক-সিদা তশেংনা পল্লী। মহাক অজনঃ হায়বদি পুরুষ পুন্নমক্কী (জনানাম্) মরক্তা পরম পুরুষনি।

জীব পুম্নমক ব্যক্তিগত কন ভাক্তনি অদুগা অসি গুপ্তা কনশিংগী মরক্তা ভগবান্ হরিনা পরম পুরুষনি হায়বসি শ্রুতিমন্ত্র নিত্যো নিত্যানাং চেতনশ্চেতনানাম্—অসিনা প্রমাণ্নি। মমমতুনা দিব্য লোক-তা নির্ব্বিশেষ লক্ষণগী মফম লৈতে প্রাকৃত জগত্তা নির্ব্বিশেষ লক্ষণ লৈবগুম্না। চেতন লৈবা মফমদা সবিশেষ লক্ষণগী বা চঙশকবি দিব্যলোক তা পোৎ খুদিংমক চেতন ভাক্তনি, মরমতুনা দিব্যধামগী পোৎ খুদিংমক—লৈবাক, ঈশিঙ, উ-পাম্বী, চীং তুরেন, মী, শা, উচেক—খুদিংমক চেতন লৈবা ভাক্তি, মরমতুনা মফমতুদা পোৎ খুদিংমক ব্যক্তিগত ভাক্তি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ হায়বা বৈদিক সাহিত্য অথোইবসিনা ব্রাকমসি তাক্লি, অদুগা মসি ভগবান মতামক। ব্রহ্মাজিদা হকথেননা তাকখিবনি, মতুম তৌরগা জীবশিংগী মকোক ব্রহ্মানা ব্রাকমসি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা শব্দোক্তগা ভক্তিযোগ কৌবা পরম জ্ঞান অসি তম্বিনবা হায়রতুনা। ব্রহ্মাজিনা নারদ-দা শ্রীমদ্ভাগবতমগী ব্রাকমতুমক তাকপীখি, অদুগা নারদনা ব্রাকমসি ব্যাসদেবদা তম্বিখি, ব্যাসদেবনা অমুক শুকদেব গোস্বামীদা তম্বিখি। শুকদেব গোস্বামীগী অমসুং পরীক্ষিৎ মহারাজগী কৃপানা মতম পুম্নদা পরতত্ত্ব ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বকথা তম্মনবা হায়রতুনা ঐখোয় পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবতম অসি পীরি নি।

শ্লোক ৩৯

**অন্তর্হিতেন্দ্রিয়ার্থায় হরয়ে বিহিতাঞ্জলিঃ।**
**সর্ব্বভূতময়ো বিশ্বং সসর্জেদং স পূর্ব্ববৎ ॥৩৯॥**

অন্তর্হিত—থুপত্রবদা; ইন্দ্রিয়ার্থায় হান্দ্রয়শিংগী বিষয় ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্দা; হরয়ে—শ্রীহরিদা; বিহিত অঞ্জলি—খুবাঙ চাংজো মান্নার; সর্ব্বভূত—জীব পুম্নমক; ময়ঃ—থল্লবা; বিশ্বং—ব্রহ্মাণ্ড; সসর্জ—সৃষ্টি তৌখি; ইদং—মসি; সঃ মহাক্না (ব্রহ্মাজিনা,) পূর্ব্ববৎ—হান্নগুম্না।

লৈতলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংগী ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবগী পোৎশক ওইরিবা ভগবান্না অন্তর্দ্ধান তৌখবদা ব্রহ্মানা খুৎ-লোন্নরগা হান্নগুম্না জীবভাক্তনা থল্লবা ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি তৌখি।

হিরবোল

পরমেশ্বর ভগবান হরিদি জীব পুম্নমকী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী পোৎভনি। বহিরঙ্গ শক্তিগী মথাইনা জীবশিংনা ইন্দ্রিয়শিংবু ভগবানগী ইচ্ছা পূরণগীদমক চপচানা শীজন্নবগী মতুঙ্গী মরম্নাই ইন্দ্রিয়শিং পেন্নবা তৌরি।

হরিভক্তি সুধোদয়দা (১৩/২) শ্লোক অমা যাওরি মতুদি—

**অক্ষ্ণোঃ ফলং ত্বাদৃশদর্শনং হি তনোঃ ফলং ত্বাদৃশগাত্রসঙ্গঃ।**
**জিহ্বাফলং ত্বাদৃশ-কীর্ত্তনং হি সুদুর্লভা ভাগবতা হি লোকে।**

হে ভগবদ্ভক্ত! মীৎকী মহৈ য়ানবদি নঙবু উরগনি, নঙগী হকচাঙ শোক্নগা হকচাঙগী মহৈ য়ানবনি, লৈয়েঙগী মহৈ য়ানবনা নঙগী গুণ শকশোন্নগনি, নঙগী ভক্ত অসেঙবদি জগৎসিদা অতাঙবনি।

হৌরকপদদি জীবগী ইন্দ্রিয়শিংসি পীরম্বগী মরমদি মখোয়বু ভগবানগী অমসুং মাগী ভক্তশিংগী প্রেমসেবাদা শীজন্ননবা পীরম্বনি অদুবু বহিরঙ্গা (প্রাকৃত) শক্তিনা ভাওতনবদগী ইন্দ্রিয়গী বিষয়না শুমহৎতুনা তোক্লে। মবমসিনা কৃষ্ণভাবনগী থৌরম পুবদি ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংগী চুমথোকপগীনে

অমসুং মখোয়বু ভগবানগী সাক্ষাৎ সেবাদা শীজিন্নবগীনে অসিগীদমক্তি। অদুনা ব্রহ্মানা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু অমূক হন্না সৃষ্টি তৌরগা হন্না-শেন্নবা ব্রহ্মাণ্ডদা জীবশিংনা থবক চংথনবা হায়দুনা মহাক্না (ব্রহ্মানা) মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু ভগবান্দা কৎথোকখি। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসি মতৌ অসুম্না সৃষ্টি তৌয়ি অদুগা অমূক ভগবানগী ইচ্ছানা প্রলয় অমূক তৌয়ি। সৃষ্টি তৌরিবসি মায়াবদ্ধ জীবদা ভগবানগী নাক মরান্‌যাইদা হল্লবগী তাঞ্জা পীবনি অমসুং ভগবানগী উদ্দেশ্যসি পাংথোরবা হায়দুনা ভগবানগী মনাই ব্রহ্মাগুম্বা, নারদগুম্বা, ব্যাসগুম্বা অমসুং মখোয়গী লোইয়িনশিংনা মদুগী থৌরাংদা থবক চিনখি। ভগবানগী উদ্দেশ্যদি ইন্দ্রিয় সুখ ভোগ তৌনীংবা জীবশিংবু ভোগ অদুদগী উদ্ধার তৌবিবা অদুগ। ভগবানগী সেবাদা ইন্দ্রিয়শিংবু শীজিন্নহনবা অসিনি। অদুম্না তৌবগী মতুংতা হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংগী থবক্‌ ওন্থোকহনবগী মতুংতা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা মায়াবদ্ধ জীবাত্মাশিংবু ইন্দ্রিয়-পান্দবা ওইহল্লে, অদুগা লোয়ননা ভগবানবুসু ইন্দ্রিয়-পান্দবা ওইহল্লে। মসিদি মায়াবদ্ধ জীবশিংগী চুমদবা লাইয়েংনি। ইন্দ্রিয়গী অনাবা ফীভমদু লাইযেংবিগদবনি দোষ লৈবদু চুমথোকপীদুনা, ইন্দ্রিয়শিংগী মকু ফুক্কদবা নত্তে। মীংকী অনাবা লেংবদি মীংতুনা পোৎ শেংনা উননবা লাঙ্গয়েংতুনা যহনগদবনি। মীং কোথোকপা মীংকী লাঙ্গযেং অচুম্বা নত্তে। মতৌ অদুগুম্না, ম যিক পোগ (অনাবা) পয়মকী থুমক্মদি ইন্দ্রিয়সুখভোগনি, অদুনা অনাবা-ফীভমদুদগী নাম্থোকপা হায়বদি ইন্দ্রিয়শিং [illegible] ফজবা শক্তম যেংবদা, ভগবানগী গুণ শ্রবণ তৌবদা অদুগা মাগীদমক থবক তৌবদা হন্না শীজিন্নবদুনি। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাজিনা ব্রহ্মাণ্ডগী থবকথন শেমখিবনি।

শ্লোক ৪০

**প্রজাপতির্ধর্ম্মপতিরেকদা নিয়মান্ যমান্।**
**ভদ্রং প্রজানামন্বিচ্ছন্নাতিষ্ঠং স্বার্থকাম্যয়া॥ ৪০॥**

প্রজাপতিঃ— জীব পুম্নমক্কী অপোকপা; ধর্ম্মপতিঃ— ধর্ম্ম পুন্সীগী অপোকপা, একদা— মতম অমদা; নিয়মান—নিয়মশিং, যমান্—যমশিং (বার কচৈ), ভদ্র—যাইফবা, প্রজানাম—জীবশিংগী, অন্বিচ্ছন—পামদুনা, আতিষ্ঠৎ— লৈখি; স্বার্থ— মচাগী ফজবা; কাম্যযা— পামদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নোংমগী মতমদা জীবপুম্নগী অপোকপা অমদি ধর্ম্ম চাকশেনবা ব্রহ্মাজিনা জীবশিংগী যাইফববু পামদুনা মচামকপু যম নিয়মগী থবক্কা লৈখি।

নৈনরোল

যম-নিয়ম যান্দবা মীতানা অবাংবা নমমদা কাখৎপা যাদে। থোংবক লাতেম নাইদনা ইন্দ্রিয় -পেন্নবতা লৈবা পুন্সী শারনচংকী পুন্সীনি। ব্রহ্মাজিনা মানা শেন্না মীরোলশিংদা তম্বিনবা হায়দুনা, অবাংবা থাক্কী মথৌশিং তৌননবা হায়দুনা যম-নিয়মশিং তাকপিখি। মহাক্না ভগবানগী মনাই ওইবা জীব পুম্নগী যাইফবা পামখি। কনাগুম্বা অমনা মাগী পরিবার অমদি লোক পরম্পরাবু যাইফহল্লীংলবদি মহাক্না নৈতিক অমসুং ধার্ম্মিক ওইবা পুন্সী লেনবা তাবনি। খ্বায়দগী থাংবা নৈতিক জীবন দি ভগবানগী ভক্ত অমা ওইবনি, মরমদি ভগবদ ভক্ত অশেংবদি ভগবানগী সৎ-গুণশিংদু চেন্নী। অমরোমদা হায়রগা ভগবানগী ভক্ত নত্তবা মীদি মীরম্লেন্দা লৌনরিবা গুণশিংদু চেন্দুনসু অশেংবা গুণ্নী হায়না শীংথানববা গুণ অমতনা লৈতেংদবনি। ব্রহ্মা অমদি মতোন্দগী ওইথরকপা শিষ্যপরম্পরা নচিংবা ভগবৎভক্ত অশেংবশিংদি মচানা চৎতবা আচরণশিংদু মখোয় মখোয়গী মচা-মনাইশিংদা তাকপিদে।

শ্লোক ৪১

**তং নারদঃ প্রিয়তমঃ রিক্‌থাদানামনুব্রতঃ।**
**শুশ্রূষমাণঃ শীলেন প্রশ্রয়েণ দমেন চ ॥৪১॥**

তং—মঙোন্দা; নারদঃ—দেবর্ষি নারদ; প্রিয়তমঃ—য়াম্না নুংশিবা; রিক্‌থাদানাং—পিতৃস্বত্ব লন ফংগদবা মচানুপাশিংগী মনুঙদা; অনুব্রতঃ—পিতৃভক্ত ওইরবা মী; শুশ্রূষমাণঃ—সেবাগীদমক ভায়রিবা; শীলেন—ফজবা লমচৎনা; প্রশ্রয়েণ—নোল্লক্লনা; দমেন—ইন্দ্রিয় থুতুম চন্দুনা; চ—স্থ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পিতৃধন-ফংফম-থোকপা (দক্ষনচিংবা) মচানুপাশিংগী মনুঙদা নুংশিথোইবা ওইরিবা অদুগা পিতৃ-সেবাগীদমক মতমপুম্বদা ভাইরিবা দেবর্ষি নারদনা ব্যবহার নাইনা, নোল্লক্লা অমসুং ইন্দ্রিয় সংযমগা লোয়ননা ব্রহ্মানা তাকপা পাউতাকশিংদু ইল্লী।

শ্লোক ৪২

**মায়াং বিবিদিষন্‌ বিষ্ণোর্মায়েশস্য মহামুনিঃ।**
**মহাভাগবতো রাজন্‌ পিতরং পর্য্যতোষয়ৎ ॥৪২॥**

মায়াং—শক্তিবু; বিবিদিষন্‌—খঙনীঙদুনা; বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী; মায়েশস্য—মায়াগী মবুঙঙোগী; মহামুনি—মহামুনি (নারদ); মহাভাগবতঃ—মহাভক্তগী; রাজন্‌—হে ইনিংথৌ; পিতরং—মপাবুংঙোবু; পর্য্যতোষয়ৎ—পেলহল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ! নারদনা মপাবুংঙোবু য়াম্না পেলহল্লম্মী অদুগা মায়াগী মবুঙঙো বিষ্ণুগী শক্তিশিংগী মরমদা খঙনীঙলম্মী, মরমদি নারদদি মুনি পুম্নমক্তগী অথোইবনি অমসুং ভক্তপুম্বদগী অথোইবনি।

মৈনরোল

ব্রহ্মাদি ব্রহ্মাণ্ডগী জীব পুম্নমক্কী স্রষ্টানিনা দক্ষ, চতুঃসন অমসুং নারদথোয়নচিংবা মমাং-চৎপা মচানুপাশিংগী অপোকপা মপানি। বেদনা শন্দোকখিবা মাঁওইবগী জ্ঞান-বিভাগ অহুম হায়বদি কর্মকাণ্ড, জ্ঞানকাণ্ড অমসুং উপাসনা কাণ্ড হায়বসিগী মনুঙদা দেবর্ষি নারদনা মপাবুংঙো ব্রহ্মাদগী উপাসনা কাণ্ড ফংহৌয়ি, অদুগা দক্ষনা মপাবুংদগী কর্মকাণ্ড স্বত্ব ওইনা ফংহৌয়ি, অদুগা সনক, সনাতন-থোয়না জ্ঞানকাণ্ড ফংহৌয়ি। অদুবু মথোয় লোইনমক্কী মনুঙদা নারদবু মফমসিদা ব্রহ্মাগী খ্বায়দগী হেন্না নুংশিব। মচানুপানি হায়রি মরমদি মহাক ব্যবহার-ফজবনি হায়বাইম্বনি, নোল্লকপনি অমসুং মপাবুংগী সেবা তৌনবা ভাইদুনা লৈবা অমনি। নারদদি মহামুনি অমনি অদুগা মহান্‌ ভক্ত অমনি হায়না ময়াম্না খঙনৈ। নারদ মিংচৎপা ভগবদ্ভক্ত অয়াম্বগী দীক্ষা-গুরুনি। মহাক প্রহ্লাদগী, ধ্রুবগী অমসুং ব্যাসগী গুরু ওইরকপদুনা অসুম চৎথরকপদা উমংগী শাদানবা কিরাত অদুগী ফাওবা গুরু ওইখিবনি। মাগী মথৌ হায়ববু মী থুদিংমকপু ভগবান্‌গী প্রেম-সেবাদা মায় ওন্সনহনবা অসিনি। মরমসিনা নারদগী গুণ খিবিক্কিগীদমক মহাক মপাবুংগী নুংশিথোইবা মচানুপা ওইখিবনি; মসি পুম্নমক্তে নারদ ভগবান্‌গী মহাভাগবত অমা ওইবননি। মায়াগী মপু পরমেশ্বর ভগবানগী মরমদা ভক্তশিংনা থোইনা হেন্না খঙনীংই। মসি ভগবদ্গীতাদা মথাগী অসুম্না হায়রি (১০/৯):—

**মচ্চিত্তা মদ্গতপ্রাণা বোধয়ন্তঃ পরস্পরম্।**
**কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ॥**

পরমেশ্বর ভগবান্দি ঙমখৈ-নাইদবনি, অদুগা মহাক্কী শক্তিশিংসু ঙমখৈনাইদবনি। কনামতনা শক্তিশিংদু লোইনমক খঙবা ঙমদে। ব্রহ্মাজিদি ব্রহ্মাণ্ডসিদা খ্বায়দগী চাউবা জীব ওইবনা, অদুগা ভগবান্না সাক্ষাৎ ওইনা তাকপীরকপা অমা ওইবনা ব্রহ্মাণ্ডগী মমুঙদা অতৈদগী হেন্না খঙবা অমদি, তৌবগীবুদ্ধি মহাক্না খঙলিবদুসু মপুঙ ফাবমক ওইদ্রবসু। মরমসিনা মী খুদিংমক্না তৌগদবা মথৌদি ঙমখৈ নাইদবা ভগবান্‌গী মরমদ। ব্রহ্মাদগী নারদ, নারদদগী ব্যাস, ব্যাসদগী শুকদেব অসুম মথঙ মথঙ লাকপদা য়াওবা শিষ্যবু গুরু ওইনা লৌবগা মঙোন্দগী খঙনবা হংগদবনি।

শ্লোক ৪৩

**তুষ্টং নিশাম্য পিতরং লোকানাং প্রপিতামহম্।**
**দেবর্ষিঃ পরিপপ্রচ্ছ ভবান্ যন্মানুপৃচ্ছতি॥ ৪৩॥**

তুষ্টম্—পেল্লবা, নিশাম্য—উরগা, পিতরম্—অপোকপবু; লোকানাম্—ব্রহ্মাণ্ড পুম্নগী, প্রপিতামহম্—মপুপোকপা মপুখৌপুরেন, দেবর্ষি—নারদ ঋষি; পরিপপ্রচ্ছ—হংখি; ভবান্—নহাক্না, মা—ঐঙোন্দা, যৎ- মদু, অনুপৃচ্ছতি—হংলি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ! নহাক্না হৌজিক ঐঙোন্দা হংলিবা য়াহংশিংদো নারদনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মবুখৌপুরেন অদুগা মাগীনা মপাবুঙ ওইবা ব্রহ্মানা হরাওনা লৈরিঙৈনা ব্রহ্মাদা হংখিবা ঙাক্লি।

নৈনরোল

আত্মানুভূতি-লৈরবা মীদা ভক্তিতত্ত্ব খঙনবা য়া হংবা য়াবদি মকুলগী মতাদা হংগা তচগা য়াহংগুম্না হংগদবা নত্তে। হৌজিককালদা স্কুলগী ওজাশিংদি লাইরিক তম্বিবগীদমক তলব পীনৈ অদুগা দীক্ষাগুরুদি তলব ফংবা মী নত্তে। অদুগা মহাক গুরুগী যাথং য়াওদনদি শিক্ষা পীকবা তৌদে। ভগবদ্গীতাদা (৪। ৩৪) ভক্তিতত্ত্বগী য়া খঙগে হায়রবদি করম্না তৌগদগে হায়বদো মথাগী শ্লোকসিদা তাক্লি:—

**তদ্বিদ্ধি প্রণিপাতেন পরিপ্রশ্নেন সেবয়া**
**উপদেক্ষ্যন্তি তে জ্ঞানং জ্ঞানিনস্তত্ত্বদর্শিনঃ।**

খুকমজদুনা, য়া মরীক চুম্না হংদুনা অমসুং সেবা তৌদুনা তত্ত্বখঙবা মীগী মফমদা তত্ত্ব হংগদবনি হায়না অর্জুন-দা (কৃষ্ণনা) তাকখি। তত্ত্বজ্ঞান লৌশনবদি ডোলর (*dollar*) শীন্নবগী থবক্কুম্না নত্তে। অসিগুম্বা জ্ঞানদি গুরুসেবা তৌরগা লৌগদবনি। ভগবানবু মপুঙফানা পেলহল্লগা সাক্ষাৎ মঙোন্দগী ব্রহ্মানা তত্ত্বজ্ঞান ফংখিবগুম্না মী খুদিংমক্না মাগী গুরুবু পেলহল্লগা তত্ত্বজ্ঞান লৌগদৌবনি। গুরুগী অপেনবা অদুনা তত্ত্ব খঙনবগী উপায়নি। বৈযাকরণ অমা ওইরগদা কনামতনা তত্ত্ব খঙবা ঙমদে। বেদনা তাউরি (শ্বেতাশ্বতর উপনিষদ ৬। ২৩):—

**যস্য দেবে পরা ভক্তির্যথা দেবে তথা গুরৌ**
**তস্যৈতে কথিতা হ্যর্থাঃ প্রকাশন্তে মহাত্মনঃ।**

লৌগদবা নত্তে। মথংগী অধ্যায়দা শুগায়না তাক্কদোরিবা লক্ষণ তরা অসিবু ব্যাখ্যা তৌবদা শ্লোক মরামসে চংবনি। ব্রহ্মাদগী তারিবা ভাবসি নারদনা শুগায়গদবনি হায়না ব্রহ্মাজিনা নারদদা য়াথং তাওথখিবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা বাসিবু শ্রীলরূপ গোস্বামীদা শম্পৎনা তাকপিখি, অদুবু রূপ গোস্বামী হায়বা শিষ্যনা মসিবু য়াম্না পাক-শন্না শন্দোক্লম্মী, অদুগা বিষয়সিমক অমুক জীব গোস্বামীনা হেন্না পাক্কা শন্দোক্লম্মী, অদুদগী অমুক শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা হেন্দোক্কা শুগায়না তাক্লম্মী। ঐখোয়না মহাজনশিংসিগী খুদং ইন্নবা হোৎনরি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সে অচম্বা উপন্যাসকুম্বা পোৎ নত্তে হায়বদি মীরম্নেনগী সাহিত্য নত্তে। মপাঙ্গলগী বা হায়রগদি ঙমখৈ-নাইদবা পাঙ্গম্নি। অদুম ওইনমক কনাগুম্বনা মাগী মঙম মতুং ইন্না মসিবু পাকথোকহনবা ঙমগনি, মসুম্না পাকথোকহনখনা ভাগবতকী অরাইবা হায়বদুদি লৈরোই। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ভগবানগী শব্দপ্রতিনিধি (খোনগী মতৎ) ওইবনীনা মতম অমতদা শ্লোক মরিদম্ত অদুগা শ্লোক লক্ষকোটিদম্ত মতম অমতদা ব্যাখ্যা তৌবনি, ভগবান্না পরমাণুদগী হেন্না পীকথবগুম্না অদুগা ঙমখৈ-নাইদবা আকাশতগীম্ত হেন্না চাওবগুম্না। মসিনি শ্রীমদ্ভাগবতমগী শক্তিদি।

শ্লোক ৪৫

**নারদঃ প্রাহ মুনয়ে সরস্বত্যাস্তটে নৃপ।**
**ধ্যায়তে ব্রহ্ম পরমং ব্যাসায়ামিততেজসে ॥৪৫॥**

নারদঃ—নারদনা; প্রাহ—হায়রম্মী; মুনয়ে—ব্যাসদেব মুনিদা; সরস্বত্যা—সরস্বতী তুরেলগী; তটে—তোর্বান্দা; নৃপ—হে মহারাজ (পরীক্ষিৎ), ধ্যায়তে ধ্যান তৌবা মতোন্দা; ব্রহ্ম পরমং—পরম ব্রহ্মবু; ব্যাসায়—ব্যাসদা; অমিততেজসে—মপান্নাইদবা তেজ-চেনবা মতোন্দা (ব্যাসদা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ! মপান্নাইদবা-তেজ-চেনবা মহর্ষি বেদব্যাসনা সরস্বতীগী তোর্বান্দা পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌরিঙৈদা নারদনা মতোন্দা (চতুঃশ্লোকী) ভাগবত অসি হায়খিবনি।

মৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমগী প্রথম স্কন্ধগী মঙাশুবা অধ্যায়দা নারদনা মহামুনি ব্যাসদেবদা মখাগী অসুম্না তাকপীরম্মী:—

**অথো মহাভাগ ভবানমোঘদৃক্ শুচিশ্রবাঃ সত্যরতো ধৃতব্রতঃ।**
**উরুক্রমস্যাখিলবন্ধমুক্তয়ে সমাধিনানুস্মর তদ্বিচেষ্টিম্**

হে চাওনা লাইবকফবা! নহাক অশেংবা অউবনি, অশেংবা মিংচৎ চৎপনি, পরমতম্দা চৎপনি ব্রতচেংপনি (নিয়ম-নাইবনি), মরম অদুনা মায়ানা পুনবদগী নাম্থোক্নবগীদমক সমাধিদা চঙনা নহাক ভগবান্ উরুক্রমগী লীলাশিংদু ধ্যান তৌবগা বর্ণন তৌ।

মরমসিনা ব্রহ্মসম্প্রদায়গী পরম্পরাদা যোগ সাধনবু থৌশাদবা তৌরদে। অদুবু ভক্তশিংদি ভক্তিযোগী ডাক্তনিনা মখোয়না নির্বিশেষ ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবগী অরাবত্ থক লৌদে; মকমসিদা উংপগুম্না, মখোয়দি পরম ব্রহ্মবু ধ্যান তৌয়ি। ব্রহ্ম উপলব্ধি হায়বসে নির্বিশেষ ওইবা মঙান্দগী হৌয়ি, অদুবু ধ্যানহু থরা চংথরগাদি পরমাত্মাবু উপলব্ধি তৌবা ঙংঙী। শরনুক চংথরগা পরমেশ্বরবু উপলব্ধি তৌয়ি। শ্রীনারদ মুনিনা ব্যাসদেবগী গুরু ওইনা ব্যাসদেবগী ফীভমহু মুম্না খঙলম্মী, মরম

অহুনা শ্রীনিবাসদেবগী মগুণশিংহু শীঙথারম্মী, শীঙথাদদা হায়রম্বদি অসিনি—মসিদি সত্যব্রতনি অমসুং ধৃতব্রতনি। নারদনা ব্যাসবু ভগবান্গী লীলাশিংহু ধ্যান তৌ-হায়রম্মা। নির্বিশেষ ব্রহ্মগীদি লীলা লৈতে, অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্গীদি লীলা য়াম্মী; লীলাশিংসে চিন্ময় ওইক্তনি, প্রাকৃত গুণ করিমতা য়াওদে। ভগবানগী লীলাশিংহুনা প্রাকৃত লীলা ওইক্তা ওইরম্লবদি নারদনা ব্যাসদা লীলাশিংহু ধ্যান তৌ হায়না হায়রম্লোই। 'পরংব্রহ্ম' হায়বহুদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি হায়নসি ভগবদ্গীতানা য়াৱবনি। ভগবদ্গীতা দশম অধ্যায়দা, অর্জুন-না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা নশক খঙলবা মতমদা, মহাক্না মথাগী ৱাহৈশিংদা ভগবানবু সম্বোধন তৌখিঃ—

**পরংব্রহ্ম পরং ধাম পবিত্রং পরমং ভবান্**
**পুরুষং শাশ্বতং দিব্যম্ আদি-দেবম অজং বিভুম্**
**আহুস্ত্বাম্ ঋষয়ঃ সর্ব্বে দেবর্ষির্নারদস্তথা**
**অসিতো দেবলো ব্যাসঃ স্বয়ংচৈব ব্রবীষি মে ॥**

অর্জুন-না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু খঙবনা ভগবদ্গীতাগী উদ্দেশ্য করিনো হায়বহু শম্নাংনা হায়খি— "হে ভগবান্ ইবুংশিবা! নহাক পরব্রহ্মনি, সচ্চিদানন্দ ওইবা আদি পুরুষনি; ঋষিমসি নারদ, অসিত, দেবল অমসুং ব্যাসদেবনসু য়াৱবনি, অহুগী মথক্তা নহাক নহামক্তসু হায়রিবনি।" (ভগবদ্গীতা ১০। ১২- ১৩)।

ব্যাসদেবনা সমাধিদা মাগী চিন্তহু লপ্লা মতমদা মহাক্না ভক্তিযোগগী সমাধিদা লুপ্লম্মী অমসুং তশেংনা ভগবানবু মায়াগা লোয়ননা উম্মী, তৌবগীদি মায়াদি তোঙানহানা লৈবা উখি। হায়রসু নৈনগে, ভগবানগী মায়াসু প্রতিনিধি অমনি, ভগবান য়াওদবা অস্তিত্বদি মায়াগী লৈতে। অমংসে মঙান্দগী নাঙতম্না লৈতে। মঙান য়াওদগদি মায়াগী বিপরীত অবস্থাহু খঙবা ঙমদে। অদুম ওইননক মায়াসিনা পরমপুরুষ ভগবানবু মথা পোলহনবা ঙমদে অহুনা ভগবান্দগী তোঙানদি লৈ (অপাশ্রয়ম্)।

মরমসিনা সমাধিগী সিদ্ধিদি পরমেশ্বর ভগবানবু উপলব্ধি তৌবনি মহাক্কী চিৎ লীলাশিং লোয়ননা। নির্বিশেষ ধ্যান তৌবদি ধ্যানহুর্ঙ্গ অক্লাবা থবক ওইমনি; মসিগীদমক্তসি ভগবদ্গীতানা হায়রি মহুদি— ক্লেশোঽধিকতরস্তেষাম্ অব্যক্তাসক্ত-চেতসাম্ (ভগবদ্গীতা ১২।৫)।

শ্লোক ৪৬

**যদুতাহং ত্বয়া পৃষ্টো বৈরাজাৎ পুরুষাদিদম।**
**যথাসীত্তদুপাখ্যাস্তে প্রশ্নানন্যাংশ্চ কৃৎস্নশঃ ॥৪৬॥**

যৎ—মহু; উত—ওই; অহম্—ঐ; ত্বয়া—নঙনা; পৃষ্টঃ—ঐঙোন্দা হংখী; বৈরাজাৎ—বিশ্বরূপতগী; পুরুষাৎ—পরমপুরুষ ভগবান্দগী; ইদম্—জগৎ অসি; যথা—কুম্না; আসীৎ—লৈরম্মী; তৎ—মহু; উপাখ্যাস্তে—ঐ হায়গে; প্রশ্নান্—ৱাহংশিং; অন্যান্—অতোপ্পশিং; চ—অমসুং; কৃৎস্নশঃ—শুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ! ভগবান্গী বিরাট রূপ-তগী ব্রহ্মাণ্ডসি করম্না থোরক্লিবনো হায়বা প্রশ্নশিংনে অদুগা অতৈ প্রশ্নশিংনে পুম্নমক ঐ শুনা পাউখুমগে; মুন্না তাবিয়ু।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহৌবদা হাযখিবগুম্না প্রাকৃত-নম্ববা লাইরীক অসি বেদ-জ্ঞান-পানেলগী মমূন্ ফারবা উহৈনি। মবনত্তনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডগী মরমদা মীওইবনা হংবা ভস্না ৱাহং পুম্নমক হাযবদি বিশ্বসৃষ্টিদগী হৌদ্দুনা হংবা পুম্নমক শ্রীমদ্ভাগবতমদা পাউখুম্মী। পাউখুমশিংত্তগী ৱাদি খুম্লিবা মীতা অত্তদা লৈরে মহান বক্তা শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা ব্যাখ্যা তৌবিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী স্কন্ধ তবাসি পাউখুম পুম্নমক্কী ঙমথৈনি, অদুনা বুদ্ধিমান ওইবা মীতশিংনা পাউখুমশিংসে চুম্না খঙত্তুনা শীজন্নরগদি বুদ্ধিগী কান্নবা পুম্নমক ফংবা ঙমগনি।

অসুম্না বন্ধসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতমগী অনীশুবা স্কন্ধদা ভগবাননা তাকপীবগ্না ৱাযমত্তমন্না পীবা পাউখুমশিং কৌবা মাপলশুবা অধ্যাযগী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

—০—



তরাশুবা অধ্যায়

# শ্রীমদ্ভাবতম্না রাহং পুম্নমক্কী পাউথুম্নি

শ্লোক ১

**শ্রীশুক উবাচ**

**অত্র সর্গো বিসর্গশ্চ স্থানং পোষণমুত্তরঃ।**
**মন্বন্তরেশানুকথা নিরোধো মুক্তিরাশ্রয়ঃ॥ ১॥**

শ্রীশুকঃ উবাচ—শ্রীশুকদেবনা হায়রম্মী; অত্র—(শ্রীমদভাগবতঃ) অসিদা; সর্গঃ—ব্রহ্মাণ্ড শেম্বা; বিসর্গঃ—থোইদোকপা মশেম, চ—অমসুং; স্থানম্—গ্রহ উপগ্রহগী মফম; পোষণম্—যোকপা-ভাকপা; উত্তরঃ—থবক তৌনাউবা; মন্বন্তর—মনুশিংগী অহোংবা; ঈশ অনুকথা—ঈশ্বরগী তত্ত্ব; নিরোধঃ হনবা, ঈশ্বরগী নাক্তা হল্লা চংবা, মুক্তিঃ গরান-শুম্ভম; আশ্রয়ঃ—ভগবান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশুকদেবনা হায়বগী, ভাগবত শাস্ত্রদিদা লৈরেম্বা, থোইদোকপা হৈরেম, গ্রহ উপগ্রহগী মফম যোকপা ভাকপা থবক তৌনবা, মন্বন্তর (মনু অহোংবা), ঈশ্বরগী নাক্তা হনবা, মুক্তি অমসুং ভগবান্ লক্ষণ তরাসু শুপাইদনা লৈরি।

শ্লোক ২

**দশমস্য বিশুদ্ধ্যর্থং নবানামিহ লক্ষণম্।**
**বর্ণয়ন্তি মহাত্মানঃ শ্রুতেনার্থেন চাঞ্জসা ॥২॥**

দশমস্য—আশ্রয়গী; বিশুদ্ধি—খাইদোকপা; অর্থং—মরম; নবানাম্—মাপলগী; ইহ—ভাগবতম্ অসিদা; লক্ষণম্—লক্ষণ; বর্ণয়ন্তি—বর্ণন তৌরি; মহাত্মান—মহামুনিশিংনা; শ্রুতেন—বেদগী প্রমাণ্না; চ—অমসুং; অঞ্জসা—শম্পৎনা সাক্ষাৎ ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরাশুবা লক্ষণবু হায়বদি আশ্রয়বু খাইদোকপগীদমক (মৈনবগীদমক) লক্ষণ মাপলগী স্বরূপ মহাত্মাশিংনা কবিগুম্বা মফমদা স্তুতি অমসু আখ্যান (ৱারী) ওইনা অমসুং করিগুম্বা মফমদনা সাক্ষ্যাৎ বিচার তৌদুনা বর্ণন তৌরম্লে।

শ্লোক ৩

**ভূতমাত্রেন্দ্রিয়ধিয়াং জন্ম সর্গ উদাহৃতঃ।**
**ব্রহ্মণো গুণবৈষম্যাদ্‌বিসর্গঃ পৌরুষঃ স্মৃতঃ॥**

সকাম কর্মদা মগাবু পুম্নমবা লম্লাই তৌনীঙবা থবক তৌয়ি। মতাঙসিদা সদ্ধর্ম হায়বা রাহৈসি য়েংশম্নঙাইনি। সদ্ধর্ম হায়বদি ভগবানগী লাক্তা হম্নমবগী অমসুং ভগবানগী শুদ্ধভক্ত ওইননবগী অমতা ঙায়বা থবক অদুতনা অশেঙবা থবকনি। থবক অতৈদি অশেঙবা থবক মানবতনি, থাঙৈ-শেংবদি নত্তে। মরমসিনা সংসারগী অরাবা পুন্সিদগী নাম্বোক্নবা ভাবদগীতাদা ভগবান্না তাক্লি—ধর্মনি (থৌনি) হায়বমখৈ থাদোক্লুনা ভগবানগী সেবাদা লৃপবদবনি। সদ্ধর্মদা লৈতুনা থবক তৌবনা পুন্সিগী অদুম্বা মাইকৈনি। মীওইবগী পুন্সি-পান্দমদি ভগবানগী নাক মরানয়াইদা হনবনা ওইগদবনি। সংসারদা মতম খরগীদমক হকচাঙ অকপা নংত্রগা ফত্তবা লৌতুনা হনজন হনজন্ পোক্লগা শরীর তৌবনা পুন্সীগী পান্দম ওইগদবা নত্তে। মতাঙসিদা ওইরে মীওইবগী বুদ্ধি লৈবা হায়বদু অমসুং হায়রিবা ভক্তিগী থবকশিংসিবু পামফম থোকপনি।

শ্লোক ৫

**অবতারানুচরিতং হরেশ্চাস্যানুবর্ত্তিনাম্।**
**পুংসামীশকথাঃ প্রোক্তা নানাখ্যানোপবৃংহিতাঃ ॥ ৫॥**

অবতার—ভগবানগী অবতার; অনুচরিতঃ—লীলাশিং; হরেঃ—হরিগী; চ—অমসুং; অস্য—মহাক্কী (ভগবানগী); অনুবর্ত্তিনাম্—তুংইনবশিংগী; পুংসাম্—মীশিংগী; ঈশকথাঃ—ভগবানগী ৱা; প্রোক্তাঃ—হায়রি; নানা—মখল মখলগী ওইবা; আখ্যান—ৱারী; উপবৃংহিতাঃ—শন্দোক্লা হৈরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী ৱারী ভগবানগী অবতারশিং বর্ণন তৌয়ি অদুগা লোয়ননা ভগবদ্ভক্তশিংগা মাগী ভক্তশিংগী লীলাশিংগসু বর্ণন তৌয়ি।

নৈনরোল

জগৎসৃষ্টিনা লৈরিবৈদা ইতিহাসগী মথঙ মনাংগী তারিখ লৈরনি, অদুম তৌবগা মীওইবনা তৌবা থবকশিংদু চেজনবনি। মী অয়ানা ইতিহাস অমসুং মী তোঙান তোঙানবগী মীশিংগী অমসুং মতমশিংগী ৱারী খঙনাঙৌ; অদুবু ঈশ্বরগী ৱা খঙদবা মরম্। পরমেশ্বর ভগবানগী অবতার ময়ামগী ইতিহাসদি নৈননীঙদে। মতম পুম্নমক্তা মীওইবগদবা ৱাদি প্রাকৃত সৃষ্টি দ মায়াবদ্ধ জীবাত্মাশিংনা মুক্তি ফংনবগীদমক তৌখিবনি হায়বসিনি। থোজানবৈবা ভগবান্না মাগী মমল-য়াওদবা কৃপানা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী লোক লোকশিংদা অবতার তৌয়ি অদুগা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু লান্থীনবা হোৎনৈ। মদুনা পাবা য়াবা ইতিহাস অমদি আখ্যান থোরক্লিবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না অসিগুম্বা দিব্য ওইবা ভগবানগা অচৌ-অচৌবা ভক্তশিংগা সম্বন্ধগী ওইবা বিষয় কয়া উংলি। মরমসিনা ভগবান্ অমসুং ভক্তশিংগী বিষয়শিংবু থরাই য়াওনা শ্রবণ তৌগদৌবনি।

শ্লোক ৬

**নিরোধোঽস্যানুশয়নমাত্মনঃ সহ শক্তিভিঃ।**
**মুক্তির্হিত্বান্যথারূপং স্বরূপেণ ব্যবস্থিতিঃ ॥৬॥**

নিরোধঃ—জগৎ লোইশনবা; অস্য—মহাক্কী (ভগবানগী); অনুশয়নম্—যোগনিদ্রাদা বিষ্ণুগী পুরুষ অবতারগী চেপ্পা; আত্মনঃ—জীবাত্মাশিংগী; সহ—লোয়ননা; শক্তিভিঃ—শক্তিশিংগা; মুক্তিঃ—অরানখুৱম; হিত্বা—থাদোক্লুনা; অন্যথা—অতৈ মওঙদা; রূপং—শকল; স্বরূপেন—স্বরূপ-তা; ব্যবস্থিতি—স্থায়ী ওইনা লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীহরিগী যোগনিদ্রাগী তুংদা জীবনা মাগী শক্তিশিংগা লোয়ননা তৌবা শয়ন (মহাপ্রলয়দা পরমেশ্বরদা ওইবা লয়) অদুবু নিরোধ কৌয়ি; মায়িক স্থূল (অপোবা) অমসুং সূক্ষ্ম (পোঁদবা) দেহ থাদোক্লুনা শুদ্ধ জৈবস্বরূপ-তা (জীবাত্মাগী লন্নাই শক্তমদা) স্থায়ী ওইনা লৈববু মুক্তি (অরাণ খুভম) কৌয়ি।

নৈনরোল

ঐখোয়না কয়াবক হন্না নৈনখ্রবনি, জীব মখল অনী লৈ হায়না। অযাম্বনা নিত্যমুক্তনি হায়বদি মতমপুম্বদা মুক্ত ওইবনি অদুগা মখোয় খরনা অদুম মায়াবদ্ধ ওইনা লৈরবনি। নিত্যবদ্ধ জীবশিংনা প্রকৃতিগী মথক্তা লৈদুনা পুন্সী লেপ্লিঙউী। মরমদুনা প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি তৌযি নিত্যবদ্ধ জীবশিংদা উপায় অনীথক পীননবা হায়দুনা। মায়াবদ্ধ জীবনা জড জগৎকী মপু ওইনীঙববু ঊন্নবা উপায় অমা, অদুগা অমনা ভগবানগী নাক্তা বদ্ধ জীবনা হনবা ঊন্নবা উপাযনি। প্রলয়গী মতুংদা বদ্ধ জীব অয়াম্বনা যোগনিদ্রাদা লৈখ্রবা মহাবিষ্ণুদা তিনবা, অদুদগী অমুক মতুংগী সৃষ্টিদা যাওবক্রবা যাননবগীনি। বদ্ধ জীব খরদি বৈদিক সাহিত্য কৌবা চিন্ময় ওইবা খোনগী মতুং ইন্দুনা ভগবানগী নাক্তা যৌবা মদুনা চিন্ময় স্বরূপকী দেহ যঙউা--মখোযগী মায়িক স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম দেহ থাদোক্লগা। জড দেহশিংদি জীবশিংনা মখোযগা ভগবানগা লৈননিবা সম্বন্ধতু কাউথোকপদগী ওইখৎলকপনি। সৃষ্টিগী স্থিতি ওইরিঙৈগী মতুংদা মায়াবদ্ধ জীবশিংদা শাস্ত্রশিংগী মতেঙ মখোয মখোযগী স্বরূপ অদু হনজন্নবা তানজা অমা পীবিরি। হাযরিবা শাস্ত্রশিং ভগবানা অবতার তৌরক তৌবকপা মতমদা রূপ। তৌদুনা খোমজদুনা থম্মনি। শাস্ত্রশিংবু পাঠ নংত্রগা শ্রবণ তৌবনা বদ্ধ জীবনা হিংলিঙৈদা যাওবা মুক্তি ফংবদা মতেঙ ওইরনি। বেদশাস্ত্র পুন্নমক্কী পাউতাক্তি ভগবানদা প্রেমভক্তি তৌর্বনি; হায়রিবা রাযমগিদা হেক লৌগ বদ্ধজীবনদগী মহাক খুদক্তা মুক্তি ফংগনি। জড ওইবা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম দেহদি বদ্ধ জীবগী অজ্ঞানতাগী খুদমলবগা ওইখিবনি, অদুনা জীবনা ভগবানগী সেবাদা হেক চঙবগা মায়াবন্ধনদগী মুক্ত ওইননবগীদমক নতকপাবা ইরনি। ভক্তিযোগ ওসিনা ভগবানগী মায়িকদা চিংশম্মী, মরমদি, ভগবান্দি নুংঙাইবা ফাংলোইননক্কী থোরকখিন্নি। মী খুদিমক নুংঙাইবা পাম্মী, অদুবু মহাক্না নুংঙাইবগী থোরকযম নাকোক অদুনু খঙদে (বসো বৈ সঃ রসং হি এবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি)। বেদগী ঋচ শিংনা নুংঙাইবগী থোরকযম কবিনো হাযবদু মীপুম খুদিংদা পাউডেক্লী, নুংঙাইবা পুন্নমক্কী লোইবা থখ্বা নইদবা মবদি পরমেশ্বর ভগবাননি, কপাওইনা নাইবযবদগী বাযমসি শ্রীমদভাগবতমগুম্না শাস্ত্রশিংদগী যংলবদি মহাক ভগবানগী বাজ্যদা মাগী ফংফম থোকপা মথম যংননবগীদমক নিত্যমুক্ত ওইগনি।

শ্লোক ৭

**আভাসশ্চ নিরোধশ্চ যতোঽস্ত্যধ্যবসীয়তে।**
**স আশ্রয়ঃ পরং ব্রহ্ম পরমাত্মেতি শব্দ্যতে॥ ৭॥**

আভাসঃ—সৃষ্টি; চ—অমসুং, নিরোধঃ- লয (লোইশনবা); চ—অমসুং; যত— মতেঙ নদগী, অস্তি—ওই; অধ্যবসীযতে— থোরকযি (প্রকাশ ওই); সঃ—মহাক, আশ্রয— ভুঙযম, পরংব্রহ্ম— পরংব্রহ্ম, পরমাত্মা—পরমাত্মা, ইতি—অসুম্না; শব্দতে -কৌযি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরংব্রহ্ম নংত্রগা পরমাত্মা খঙনবিবা মহাক্তু বিশ্বগী থোরকযম্লি অমসুং ভুংযম্লি অমসুং লোইশনযমনি। অসুম্না মহাক্তি পরতত্ত্ব হাযবা থোববযম মবোক্তি।

নৈনবোল

শ্রীমদ্ভাগবতমদা বর্ণন তৌরিবা শক্তিপূর্ণগী থোরকফম ওইবা মহাক্কী শব্দপর্য্যায়দি জন্মাদি অস্য যতঃ, বদন্তি তৎ তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্‌জ্ঞানং অদ্বয়ম্ ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবান ইতি শব্দ্যতে, পরব্রহ্ম, পরমাত্মা নৎত্রগা ভগবান্ হায়বসিনি। শ্লোকসিদা শীজন্নরিবা 'ইতি' হায়বা শব্দসিনা শব্দ পর্য্যায় লোয়বদু তাক্লগা ভগবানবু হায়রিবনি হায়বগ উংলি। রাযনসি তুংদা লাকপা শ্লোকশিংদা থরা হেন্নমুক তাক্কনি, অদুবু ভগবান্ হায়রিবসি পোলোইদদি শ্রীকৃষ্ণনি মরমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্না পরমেশ্বর ভগবানবু শ্রীকৃষ্ণনি হায়না লৌথ্রবনি। 'কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্'। শক্তি পূর্ণমক্কী থোরকফমদি অমতা ডায়বা সত্য (অওইবা) অদুনি, মাবু পরব্রহ্ম নাচিংবা কৌয়ি অমসুং পরমসত্যগী অরোয়বা শব্দদি ভগবান হায়বা শব্দসিনি। নারায়ণ, বিষ্ণু অমসুং পুরুষ নচিংবা ভগবানগী শব্দপর্য্যায় লোয়নবা ইকোন কোনবা শব্দদি কৃষ্ণনি, রাফমসি ভগবদ্গীতানা অঙম্না হায়রিঃ—'অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে'। অদুদগী নত্তনা, শ্রীমদ্ভাগবতমদি ভগবানগী শব্দাবতার ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎনি।

**কৃষ্ণে স্বধামোপগতে ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ সহ**
**কলৌ নষ্ট দৃশামেষঃ পুরাণার্কোঽধুনোদিতঃ।** (ভাগবত ১।৩।৪৩)

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণদি শক্তি পূর্ণমক্কী অরোয়বা থোরকফম্নি হায়বসি সাধারণ মীমাংসানি অমসুং কৃষ্ণশব্দগী অর্থসু অদুনি। কৃষ্ণবু হায়বদি কৃষ্ণ তত্ত্ববু ব্যাখ্যা তৌনবা শ্রীমদ্ভাগবতনূ লৈথবনি। শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহানবা স্কন্ধ অদুদা সূত গোস্বামীগা শৌনক নচিংবা মহামুনিশিংগা রাইং পাউথুন্নবদা রাফমসি উংলি অদুগা স্কন্ধ অদুগী অহানবা অমসুং অনীশুবা অধ্যায়দা বাকমশিংবু ব্যাখ্যা তৌরি। অহুমশুবা অধ্যায়দা বিষয়সি অমুক হেন্না শুগাইবি, অদুগা মরিশুবা অধ্যায়দা অমুক্কা হেন্না শুগাইবি। স্কন্ধ অনীশুবদা পরম তত্ত্ববু ভগবাননি হায়বসি অমুক্কা হেন্না বরনা হায়রি অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবুনি হায়বসি উংলি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্লোক মনিদা শমডনবনি হায়না ওইথোকনা লৈনখি-দু অশেংবা ওইরে। মমৈদা মমৈদা পরমেশ্বর ভগবানদি অসিনি হায়বদু ব্রহ্মানা মহাক্কী ইশা সংহিতা চেৎশন্নসু হায়রি ঈশ্বরঃ পরম কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। মদ্ভাগবতমগী অহুমশুবা স্কন্দদা মতৌ অদুম্না মীমাংসা তৌয়ি। রাযমানি পুম্নমা পাক শম্না ব্যাখ্যা তৌবাদ শ্রীমদ্ভাগবতমগী ওম্মাশুবা অমসুং তরামাথোইশুবা স্কন্দদনি। স্বায়ম্ভুব মন্বন্তরগী মতাংদা শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহুমশুবা, মরিশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা স্কন্ধদা লেনদিবগী মতৌদদি শ্রীকৃষ্ণবু উংলি। নিপালশুবা স্কন্ধদা বৈবস্বত-মন্বন্তরনা বিষয়সিমক নাকোইননা ব্যাখ্যা তৌয়ি, অদুগা মাপলশুবা মন্বন্তরদা রারোলসিমক নৈনরি। তরানীথোইশুবা স্কন্ধদা রাফমসিমক অমুক হেন্না শুগাইনা তাক্লি, থোইদোক হেন্দোক্লা ভগবানগী অবতারশিংগী মরমদা। মতৌসুম্না সম্পূর্ণ ভাগবতসি নৈনরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শক্তি পূর্ণমক্কী মূল থোরকফম্নি হায়না সিদ্ধান্ত লৌরি। থাক-থাক্কী উপাসক মতুং ইন্না মি দি নারায়ণ, ব্রহ্ম, পরমাত্মা-নচিংবা হায়দুনা তোঙান-তোঙানবা ওইবা য়াই।

শ্লোক ৮

**যোঽধ্যাত্মিকোঽয়ং পুরুষঃ সোঽসাবেবাধিদৈবিকঃ।**
**যস্তত্রোভয়বিচ্ছেদঃ পুরুষো হ্যাধিভৌতিকঃ॥ ৮॥**

শ্লোক ৯

**একমেকতরাভাবে যদা নোপলভামহে।**
**ত্রিতয়ং তত্র যো বেদ স আত্মা স্বাশ্রয়াশ্রয়ঃ ॥৯॥**

একম্—অমা; একতর—অতোপ্পা অমা, অভাবে—যাওদবদা, যদা—মরম্না; ন—নত্তে; উপলভামহে—খঙভী; ত্রিতয়ং—মতাঙ অহুমদা; তত্র—মযমক্তুদা, যঃ—অমত্তু; বেদ—খঙলিবা মা; সঃ—মহাক, আত্মা—পরমাত্মা; স্ব—মত্থাগী, আশ্রয়—চঙজফম, আশ্রয়ঃ—চঙভযমগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীব মথল মখলগী মথক্তা পনথিবা মতাঙ অহুমসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। অমা যাওদ্রবদা অতোপ্পা অমবু খঙবা ঙমদে। অদুবু চঙজযম ওইনা লোইনমকপু উবা পরমাত্মাদি মনাঙ-তম্বনি, মরমদুনা মহাক চঙজযম মকোক্নি।

ৈনরোল

জীব মশাঙ লাকওমদবমথৈ মথোয় পান্নরিবা অমসুং পাম্বযম ওইবা জীব ওইনা মরী লৈনৈ। উননবা খুৎলাই যাওদ্রবদি কনাগুম্বা অমতনা পান্নরিবা জীবনা কনানো অদুগা পান্নযম জীবনা কনানো হায়বত্তু খঙবা ঙমদে। খুদম ওইনা হায়রগা, মুমীৎনা ঐখোযগী মঙনা (উননবা) শক্তিবু পান্নৈ, ঐখোয মুমীৎপু উই মরমদি মুমীৎকী হকচাঙ (দেহ) লৈ, মুমীৎকী মঙালসি কান্নবা অমা ওইবগী মরমদি ঐখোযগী মীৎ লৈবনদি। ঐখোযগী মীৎ লৈরমদগদি মুমীৎকী মঙাল ঐখোযদা করিমতা কান্নদে। মবমসিনা মথোয় অমগা অমগা মরী লৈনৈ, মখোয় অমতা মনাঙ-তম্না তোঙান-তাবা নত্তে। মসিনা মখোযসিবু অমগা অমগা মরি লৈনহল্লবসি কনাননো হায়বা বাহং অমা পোকপদি মত্থানা তাবনি। অসুম্না অমগা অমগা মরী লৈনহনবা মহাকদি শোইদনন্দ মনাঙ তম্বা ওইরমনি। শ্রীমদ্ভাগবতমদা হায়বগুম্না, মহৈ মহৈ মবা লৈনরিবা পোৎশংগী থোরকযম অদুদি মনাঙতম্বা কর্তানি। মরী লৈনরিবা পোত্তাশিংগী থোরকথম আদি কারণ পরতত্ত্ব হায়বদি পরমাত্মা হায়বত্থনি, মহাক্তি বনামতগী মপান তাডদে। মহাক্তি স্বাশ্রয়াশ্রয়নি। মহাক্তি মথন্তুগী মপান তাবনি মহাক লোইনমক্কী পরমাশ্রয়নি (চঙজফম মকোক্নি)। ভগবানা পুরুষোত্তম ওইবা মরম্না পরমাত্মা অমসুং ব্রহ্মনা ভগবানগী মথাপোক্লবসু মহাক পরমাত্মাগীসু থোরকন্নি। ভগবদ্গীতাদা (১৫।১৮) ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হান—মহাক পুরুষোত্তম্ হায়বত্থনি অদুনা মহাক পোৎ খুদংগী থোরকফম্নি; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণতনা পরমাত্মা অমসুং পরব্রহ্ম যাওনা জীব পুম্নমক্কী থোরকফনি, অমসুং চঙজফমনি। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা করিমতা খেন্নবা লৈতে হায়বসি যান য়ানমক জীবাত্মাদি মাযালাংদগী লাম্ভোরবা পরমাত্মাগী মপান তাবনি। জীবাত্মাদি মায়ানা খুদুম চনবনি মরমদুনা পরমাত্মাগা স্বরূপকী ওইনা মান্নববসু মহাক জড়গা অনতনি হায়না লান্না খল্লী। অওইবা পুন্সিবু শেরান্নবা খনবসি তোরনবা জীবাত্মানা পরমাত্মাদা নির্ভর তৌগদবনি, অদুম তৌরবদি মহাক পরমাত্মাগা অমতনি হায়বনি খঙগদবনি। অর্থসিদসু পরমাত্মাদি পরমাশ্রযনি। মসিদা বরিমতা চিংনযম লৈতে।

জীবদি মতম পুম্বদা পরমাত্মাগী মপান তাংবনি মরমদি জীবনা মাগী স্বরূপ বরিনো হায়বত্তু কাউয়ি অদুগা পরমাত্মাদি মাগী চিন্ময় স্বরূপ অদু কাউদে। ভগবদ্গীতাদা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা খেন্নবনি হায়বসি বিশেষ ওইনা হায়রি। মরিশুবা অধ্যায়দা অর্জুন হায়বা জীবাত্মাবু মহাক্কী

লীলা মকোক অথোইবশিং শেরান্নবা লৌথিবা যাই; মরমদুনা সৃষ্টি স্থিতি-প্রলয়গা মরী লৈনবা ভগবানগী লীলাশিংদি প্রাকৃত জনশিংনা মহাও তংনডাইনি। হকচাঙ-শাজেন্না য়ুম্ফম ওইবা যোগমার্গীদ হকচাঙদা আসক্ত ওইবা মীশিংগী ওইবগুম্না সৃষ্টি-স্থিতিগা মরী লৈনবা লীলাশিংদি সংসারদা আসক্ত ওইবা মীতাশিংগীনি। অসিগুম্বা প্রাকৃত জনশিংগীদমক্তা হকচাঙগীদমক তৌবা থবকশিং অমসুং মর্ত্যলোকসিগী থবকশিংদি ভগবানগা মরী লৈনবা মরম্না বৈধি-শেম্বা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙননবগী মতাঙদা থবকশিংসু যাওহনবনি। বৈজ্ঞানিকশিংনা প্রকৃতিগী থবকশিংবু প্রাকৃতিক বিধিশিংগী পারিভাষিক শব্দ কয়া শীজিন্নবগা ব্যাখ্যা তৌরি। অদুবু অসিগুম্বা মীত্তাঙবা বৈজ্ঞানিকশিংনা বিধিশেম্বা মহাকপুদি কাউথোকয়ি। শ্রীমদ্ভাগবতম্নদি বিধি-শেম্বা মহাকপু ৎদোনবীনা থিন্দুনা তাকয়ি। ময়েং-মযেৎনবা ইঞ্জিন হায়বদি ডাইনামোগী পোৎশারোন্না ঙক্কদৌবা নত্তে। অঙকপা মেচিন অসিগুম্বা শাদুনা পুথোরক্লিবা ইঞ্জিনিয়াবদুবু থাগৎপদবনি। মসিনি ভক্ত অমগা ভক্ত-নত্তবা অমগা শেন্নবিবা। আধিভৌতিক বিধিশিংবু পবিচালনা তৌরিবা ভগবানবু ভক্তশিংনা মতম পুম্বদা থাগৎলুনা পেম্নে। ভগবদ্গীতাদা (৯/১০) প্রকৃতিবু কবম্না ভগবান্না শীনাঙলিবগে হায়বদু মখাগী সুম্না বর্ণন তৌবি:-

ময়াধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে সচরাচরম্।
হেতুনানেন কৌন্তেয় জগদ্‌পরিবর্ত্ততে॥

"আধিভৌতিক বিধিনা থল্লবা প্রকৃতিসে ঐহাক্কী শক্তি মখল মখাগী মনুঙদা অমনি, মসমদুনা মহাক্কী মনীঙ মখা তাসু নত্তে অদুগা মীত্তাঙবসু নত্তে। মবনদি ঐহাক চিৎ-শক্তিগী মপুনি, মসিনা প্রকৃতিদা মীৎয়েঙ তাবতদা প্রকৃতিগী বিধি নিয়মশিংনা তঙকপা মওঙদা থবক তৌয়। মরমদুনা প্রকৃতিগী নিয়মশিংগী থবক অমসুং মদুগী পতিয়ণ থোরিবনি; মতৌ অসুম্না প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় হন্না হন্না ওইরিবনি।"

খঙবা-ৱাৎপা মীতাশিংনা মীওইবগী হকচাঙ শেমগৎপগী অমসুং মখং শেম্বগী নিয়মশিংদু লৈনবগা ঙকইচ, অদুনা মখোয়না ঈশ্বর পৃথক লৈ হায়নগে যাদে, মরমদি প্রকৃতি নিয়মশিংবু ঐশ্বরিক শাসনগী বাংমদনি হায়না মখোয়না লৌযে। ভগবদ্গীতানা অসুবা মীশিংদা মখগী মসুম্না খুম্মী (৯/১১) —

অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনু মাশ্রিতম্‌
পরং ভাবম্ অজানন্তো মম ভূতমহেশ্বরম্॥

"অপঙবশিংনা (মূঢ়াঃ) সচ্চিদানন্দ বিগ্রহদা লৈবা পরমেশ্বর ভগবানবু খংদে।" অপঙবা মীনা ভগবানগী চিন্ময় দেহবু মাগী দেহগুম্না খল্লী, মরমদুনা ভগবানগী চমথৈ নাইদবা নিয়ন্ত্রণ-শক্তি লৈ হায়বদু মহাক্না খল্লবা ঙমদে, মবমদি প্রাকৃত নিয়মশিং চালাইবা মতমদা ভগবানবু মমীংনা উবা ফংদবনা। অদুম ওইনমক, ভগবান্না মরম্নাই শক্তি শীজিন্নদুনা অবতার তৌবা মতমদদি মীওইবগী চুম্নগী মীৎনা ভগবানবু উবা ফংঙী। শ্রীকৃষ্ণ মচামক নোঙগুম্লক্লিব্নি অমসুং লীলা কয়া শাম্লখি; ভগবদ্গীতাগী মথোদি অসিগুম্বা অঙকপা থবকশিংগা মদু খঙবগা অনীসিবু তাকপনি। অদুম ওইনমক অপঙবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু পরতত্ত্ব ভগবান্দুমক্তি হায়না লোদে। মথোয় অয়াম্বনা ভগবানগী পীক্লেন্-পীকৃপা অমসুং ঙমথৈ-নাইদবা লক্ষণদুদমক খল্লী, মরমদি মখোয় মচামক্তা পীক্লেন-পীকপা নৎত্রগা ঙমথৈ-নাইদবা ওইবা ঙমদে, অদুবু ভগবানগী ঙমথৈ-নাইদবা অমসুং পীক্লেন-পীকৃপা শক্তম্না মাগী

রাংলেন্-রাংবা মিংচৎ নত্তে ঐখোয় পুম্নমক্না থঙগদৌবনি। ভগবানগী ভক্তেন-ভকপা শক্তি প্রকাশদি ভমখৈনাইদবা ভগবানবু ঐখোয়গুম্বা অমা ওইনা ঐখোয়গী মীৎনা উবা মতমদদুদনি। অদুম ওইনমক মগাক্কী থবকশিংদি ভমখৈ-নাইব, জীবশিংগী থবক্কা থেন্নে। চহী ত্রেৎশুবদা চার্যবিদৈদা চীঙ অমবু থাঙ্গৎপা অমসুং যৌবনগী থম থেংবা মতাঙদা লৈমা লীশীঙ তরাতক্কক লুহোঙবা হায়বসি মহাক্কী ভমখৈ নাইদবা শক্তিগী থুদম খরঙনি। অদুবু 'মূঢশিংনা' মযামদ্ত উরবা মতুংদা অমদি মনাকোঙনা তাদবা মতুঙদা থবকশিংদুবু ওইদবা থবক চারি হায অদুগা ভগবানবু মখোযগুম্বা মীচম অমনি হায়না লৌয়। মাগী শক্তিনা মীওইবগী মূর্ত্তিদা লৈবরস্ব ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি অদুম সর্ব্বশক্তিমান অমসুং সর্ব্বনিয়ন্তা ভগবান্দু ওইদুনা লৈবনি হায়বসি মূঢশিংদুনা খঙদে।

অদুম ওইনমক, শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা নত্রগা শ্রীমদ্ভাগবতমদা ভগবানগী বচনশিংদু গুরু প্রনালিকাগী থোঙদা নোম্লুক্না মনাকোঙনা তাজরবা মতমদা মূঢশিংদুস্ব ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তগী কৃপানা ভগবদ্ভক্ত ওইরকযি। মরমসিমনা, ভগবদ্গীতাদা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতমদা মূঢশিংগী কান্নবগীদমক মর্ত্ত্যধামদা শান্নখিবা ভগবানগী লীলাশিংদু পনা চৌরিবনি।

শ্লোক ১১

**তাস্ববাৎসীৎ স্বস্বষ্টাসু সহস্রংপরিবৎসরান্।**
**তেন নারায়ণো নাম যদাপঃ পুরুষোদ্ভবাঃ ॥ ১১ ॥**

তাসু মদুদা, অবাৎসীৎ লৈরম্মী, স্ব—মহামক্কী, স্বষ্টাসু—সৃষ্টিশিংদা; সহস্রং লীশীঙ অমা, পরিবৎসরান চহী বাঃ; তেন মরমদুন, নারায়ণ নারায়ণ, নাম-মিং, যৎ- মরমদুনা, আপঃ -ঈশী, পুরুষোদ্ভবাঃ—ভগবান্দগী থবকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

মহাক্কা মহাক্কা শেমজবা ঈশীং মপুঙদা চহী লীশীঙ লীশী লৈখি; মরমদুনা মাগী মিং 'নারায়ণ' কৌবনি, ঈশী অদু পুরুষ হায়বদি না। অদুদগী থোকখিবনি হায়দু। 'নার' হায়না কৌবা, নার (ঈশী) অদুদা চেঞ্জা হাবদুনা ভগবানবু 'নারায়ণ' হায়না কৌযি।

শ্লোক ১২

**দ্রব্যং কর্ম্ম চ কালশ্চ স্বভাবো জীব এব চ।**
**যদনুগ্রহত সন্তি ন সন্তি যদুপেক্ষয়া ॥ ১২ ॥**

দ্রব্যং—ভুত (পোৎ), কর্ম—থবক, চ -অমসুং; কাল-মতম, চ -সু; স্বভাব জীব জীবশি, এব—লেপ্পমক, চ—সু, যৎ - মখোযগী, অনুগ্রহতঃ—থৌজান্না; সন্তি—লৈ, ন সন্তি- লৈতে, যদুপেক্ষয়া -থওইবিদ্রগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোৎচঙ পুম্নমক, থবক পুম্নমক, মতম, অমসুং স্বভাব, অমসুং মখোযসিবু ভোগ তৌগদৌবিবা জীবশিংসে মহাক্কা চানবিবদগী লৈরিবনি, অদুগা মহাক্না হেক থৌনাবিদবগা পোৎ পুম্নমক নাং হৈ। রাকম সি চপচানা মী পুরিঙনা খঙজনগদবনি।

নৈনরোল

জীবশিংনা প্রাকৃত পোৎচঙশিং, মতম, স্বভাব-নচিংবসে ভোগ তৌরিগনি, মবমদি প্রকৃতিগী মপু ওইবা মখোয়না পাম্মী। ভগবান্না ভোক্তা মকোয়্নি, অমসুং জীবশিংদি ভগবান্না সুখভোগ তৌবদা মতেঙ পাঙনবা নৈবনি মতৌ অসুম্না প্রাকৃত নত্তবা ভোগ তৌবদা শরুক লৌই। ভোক্তা অমসুং ভুক্ত অনীমক সুখভোগ তৌবদা শরুক লৌই, অদুবু মায়াশক্তিনা বুদ্ধি চোইহনবদগী জীবশিংনা ভগবানগুম্না ভোক্তা ওইবা পাম্মী, মখোয়দি অদুগুম্বা ওইনবা নত্তে হায়না হায়না। জীবশিংদি ভগবান্গী পরা (অথোইবা) প্রকৃতিনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি, মতৌ অদুম্না বিষ্ণু পুরাণদসু হায়রি। মবমসিনা জীবশিংদি কদোইদসু ...কম নত্তে হায়বদি তশেংবা ভোক্তা নত্তে। মতৌ অসুম ওইবা মবম্না, জীবনা প্রাকৃত জগত্তা ভোগ তৌবগী বাদি ওইদবা বানি। প্রাকৃত নত্তবা জগতকী জীবশিংদি স্বভাব-তা পবিত্র ওই, মরমঅনা ভগবানগী সুখ-ভোগ তৌবদা শরুক লৌই। প্রাকৃত জগতকী জীবশিংগী কর্মগী ফল ওইনা মখোয়না তেংবা সুখভোগ অদুদি মসে হায়বদি প্রকৃতিগী নিয়ম মতুঙ ইন্না। অসুম্না, বদ্ধজীবশিংনা ভগবানগা অমত্তা ওইগদবনি হায়দুনা মায়ানা বদ্ধজীবশিংগী মনাকোঙদা ঙৈ। মসিনি মায়না থাকপা অরোইবা হাংদি। অরোইবা লাসিংসু ভগবানগী কৃপাদগী থদংলবা মতমদা জীবনা মাগী অওইনা নযমদা হনজনই্লি অদুদগী মহাক ...না মুক্ত (...নদ্রভম যৎলবা) হায়বনি ওই। প্রকৃতিগী লাংদগী মক্তি য়াংনবগীদমক ভগবান্না প্রাকৃত জগৎসি সৃষ্টি তৌই, অদুগা মতম শুবা (নমাইগী শোক তা হায়বা মহাক্কী মান মতুঙ ইন্না চহী ...শীং অমা চানই, অদুদগী অন্তক প্রলয় তৌই মানাতে নীঙবদগী। মরমসিনা জীবশিংদি ভগবানগী রূপাগী নখা মগুঙ ফানা পোনবনি। বৈজ্ঞানিক উন্নতিদগী মখেসনা যংবনি হায়রিবা ... ভাইবশি দে। ভগবানগা নিঙাবা য়া মতমদা উৎখুল ওইহল্লু"

শ্লোক ১৩

একো নানাত্বমন্বিচ্ছন্ যোগতল্পাৎ সমুত্থিতঃ।
বীর্য্যং হিরণ্ময়ং দেবো মায়য়া ব্যসৃজৎ ত্রিধা॥ ১৩॥

একঃ অমত্তা ওইবা মহাক. নানাত্ব — মরম মখা ওইবা, অন্বিচ্ছন — পাম্ভদুনা, যোগতল্পাৎ — যোগনিদ্রাগী যমুঙদগী, সমুত্থিতঃ থোরকখি, বীর্যং ... হিরণ্ময়ং সনাগী মচু, দেবঃ — দেবনা; মায়য়া — বহিরঙ্গা শক্তিনা, ব্যসৃজৎ শেম্লখি; ত্রিধা মতৌ অহুম ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ মহাক্না (প্রলয়দা মহাগী অঙ্গ অমদি তোঙান তোঙানবা অংশ ওইবা জীব পুম্নমক মহোক্দা তৈবা উরবুনা হৌজিক সৃষ্টিগী মতমসিদা মাগী মগী অংশনসিংবা জীবশিংবু মাগী মগমদগী থাইদোকপা হায়দুনা) দেবতির্য্যগ নচিংবা মযাদু প্রকাশ ওইহল্লীংলদুনা যোগনিদ্রা-দগী হৌগংলগা সনাগী মচু মানবা বীর্য্যবু অপাঙ্গনা থায়দোকখি।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা (৯।৭-৮) প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি অমসুং প্রলয় তৌবগী মথাগী সুম্না য়াওরি —

সর্ব্বভূতানি কৌন্তেয় প্রকৃতিং যান্তি মামিকাম্
কল্পক্ষয়ে পুনস্তানি কল্পাদৌ বিসৃজাম্যহম্।
প্রকৃতিং স্বাম্ অবষ্টভ্য বিসৃজামি পুনঃ পুনঃ
ভূতগ্রামম্ ইমাং কৃৎস্নাম্ অবশং প্রকৃতের্ বশাৎ

"কল্প লোইবা মতাংদা জীব পূম্নমক অমসুং প্রকৃতি-নচিংবা সৃজন শক্তি পূম্নমক পুল্লপ পুন্না ভগবান্গী দেহমুংদা চংঙী, অদুদগী মখোয়দুবু ভগবাননা উৎনীংলবা মতমদা মখোয় লোয়নমকপু ভগবান্না উৎলী।"

"মরমদুনা প্রকৃতিদি ভগবান্গী মথা পোন্দুনা থবক তৌরিবনি। মখোয় লোইনমক, প্রকৃতিনা খুৎলাই ওইরগা অদুগা ভগবান্না মনীঙ তম্না, মতৌসুম্না হন্না হন্না সৃষ্টি অমুক প্রলয় অমুক তৌরিবনি।"

মতৌ অসুম্না, প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি তৌদ্রিবৈগী মমাংদা ভগবাননা মহাসমষ্টি (শক্তি মপূম) ওইনা লৈ, মহাক মছাবু ময়াম ওইনা থোকহন্নীংবদগী মছাবু সমষ্টি ওইনা পাক চাওথোক্করি। সমষ্টি ওইরবা মতুংদা অমুক শন্দোক্তুনা ব্যষ্টি ময়ামগী শক্তম অহুম থোক্লা হায়রবদি আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমসুং আদিভৌতিক ওইনা মহাক মছাবু পাক-চাওথোক্লকয়ি। মতৌ অসুম্না সৃষ্টি পূম্বগা সৃষ্টি তৌনবা শক্তিশিংগনে মতম অমতদা থেন্নে থেন্নদে। পোৎ থুদিংমক মঙোন্দগী (মহাবিষ্ণু হায়বাদি মহাসমষ্টিদগী) থোরবপা মরম্না প্রাকৃত শক্তিশিংসিগী করিগুম্বা অমতা মঙোন্দগী তোঙানবা নত্তে। অদুবু অসিগুম্বা শন্দোক্লিবা শক্তিশিংগী লম্নাই লম্নাইগী ওইবা মথৌ লৈ অমসুং ভগবান্গী অপাম্বা মতুং ইন্না মথৌশিংদু উৎলী, মরমদুনা মখোয় ভগবানদগী মতম অমংদা তোঙাল্লি। জীবশিংসু ভগবান্গী অসিগুম্বা শক্তিনি (তটস্থ শক্তিনি), অদুনা মখোয় মতম অমতদা ভগবানগা অমতনি অদুগা মঙোন্দগী তোঙানবসুনি।

প্রলয়গী মতমদা জীব শক্তিশিংসে ভগবান্দা শণ্ডি ওইনা লৈ, সৃষ্টিগী মতাংদা মহে হৈবু থাদোরক্লবা মতমদা প্রকৃতিগী গুণগী মথাদা মখোয় মখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না মখোয়বু থেন্ন-গেন্নানা উৎলি। জীব শক্তিশিংসিগী থেন্ন থেন্নবা শকউৎলশিংসে জীবশিংগী মায়াবদ্ধ ওইবা অবস্থাশিংদুনি। অদুম ওইনমক মুক্ত জীবশিংদি সনাতন নিত্য। ওইনা লৈদুনা মমল য়াওদবমথৈ কংথোকচরবা আত্মা জারি অদুগা মখোয় সৃষ্টি অমদি প্রলয় হায়বদুগী মথা পোন্দ্রে। মব সিনা ভগবান্না মাগী যোগনিদ্রাগী যমুংদগী যেংথোবকপা সৃষ্টি অসি ওইবনি। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক অমসুং ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ব্রহ্মাসু সৃষ্টি অমসুং প্রলয় হন্না হন্না তৌযি।

শ্লোক ১৯

**অধিদৈবমথাধ্যাত্মমধিভূতমিতি প্রভুঃ।**
**অথৈকং পৌরুষং বীর্য্যং ত্রিধাভিদ্যত তচ্ছৃণু ॥ ১২ ॥**

অধিদৈবম- থকথোংবা দেবতা; অথ—অদুদগী, আধ্যাত্ম্—খা থোংবা জীব; অধিভূতম্—প্রাকৃত দেহ; ইতি—অসুম্না; প্রভুঃ—ভগবান্; অথ—মতৌ অসুম্না একং—অমখক্ত; পৌরষং—ভগবান্গী; বীর্য্যং—গর্ভগী মশক ওইবা দেহ, ত্রিধা অহুম থোক্লা, অভিদ্যত—খায়দোকখি; তৎ—মদু; শৃণু—নাকোঙনা তাবিয়ু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ! অদুদগী ভগবান্না মহাক্কী অমতা ডায়বা বীর্য্য (গর্ভগী মশক ওইবা দেহ) অদুবু অধিদেব, অধ্যাত্ম অমসুং অধিভূত হায়না অহুম থোক্লা খায়দোকখিবগী ৱাহৈ নাকোঙনা তাবিয়ু।

শ্লোক ১৫

**অন্তঃশরীর আকাশাৎ পুরুষস্য বিচেষ্টতঃ।**
**ওজঃ সহো বলং জজ্ঞে ততঃ প্রাণো মহানসুঃ ॥ ১৫ ॥**

অন্তঃ শরীরে—হকচাঙ মনুংদা; আকাশাৎ—অতিয়াদগী; পুরুষস্য—মহাবিষ্ণুগী; বিচেষ্টিত—ঃ হোৎনবদগী; ওজঃ—ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তি; সহঃ—পূক্নীংগী শক্তি; বলং—হকচাঙগী পাঙ্গল; জজ্ঞে—পোকখি: ৩তঃ অদুদগী; প্রাণঃ—থবাই; মহান্ অসু৹- মী খুদিংগী থবাইগী থোরকফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষদুগী হকচাঙগী মনুংদা লৈবা আকাশদগী মুখ্যপ্রাণ (থলাই মকোক) পোকখি; অদুগী তুংদা ক্রিয়াশক্তিনা মখল মখা ওইবা মহোৎনদা চঙশল্লবদা মদুদগী ইন্দ্রিয় শক্তি, মনঃশক্তি অমসুং দেহশক্তি থোক্লকখি।

শ্লোক ১৬

**অনুপ্রাণন্তি যং প্রাণাঃ প্রাণন্তঃ সর্ব্বজন্তুষু।**
**অপানন্তমপানন্তি নরদেবমিবানুগাঃ ॥১৬॥**

অনুপ্রাণন্তি—হিংবগী লক্ষণশিংদু ইল্লী; যং মহাকপু, প্রাণাঃ প্রাণশিংনা, ইন্দ্রিয়শিংনা: প্রাণন্তং—হোৎনরিবা, সর্ব্বজন্তুষু—জীব পুম্নমক্তা; অপানন্তম—হোৎনবা লেপ্লী; অপি অতৈ পুম্নমক লেপ্লী: নরদেবম্ নিংথৌবু, ইব—গুম্না, অনুগা—মনাইশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌবু মনাইশিংনা তুং ইনবগুম্না জীবগী হকচাঙনুদা লৈরিবা ব্যষ্টি প্রাণশিংবু মুখ্যপ্রাণনা থবক তৌহল্লি। মুখ্য প্রাণদুনা হোৎনবা লেপ্লবদি মখোয়সু হোৎনবা তোকয়ি।

নৈনরোল

ব্যষ্টি জীবশিংদি পরম পুরুষগী শক্তিগী মপুং ফানা মখা পোননি। খনামদা মখা পোন্দনা য়াওদে বিজুলি থাংমৈগী লম্নাই মঙান লৈতবগুম্না। বৈদ্যুতিক যন্ত্র খুদিমক বিজুলি-শঙগী মখা পোল্লী, বিজুলি শঙ পুম্বা বিজুলি থোকহন্নবা ঈতুঙ গ্রমগী মখা পোল্লী, ঈতুঙনা নোঙগী মখা পোল্লী, নোঙনা সুমীৎকী মখা পোল্লী, সুমীৎনা সৃষ্টিগী মখা পোল্লী, অদুগা সৃষ্টিনা পরমেশ্বর ভগবানগী মখা পোল্লি। মতৌ অসুম্না সৃষ্টিসু ভগবানগী কর্ম্মগী মখা পোল্লি। মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ভগবানদি থোবকফম পুম্নমক্কী থোবকনি।

শ্লোক ১৭

**প্রাণেনাক্ষিপতা ক্ষুৎতৃড়ন্তরা জায়তে বিভোঃ।**
**পিপাসতো জক্ষতশ্চ প্রাঙ্ মুখং নিরভিদ্যত ॥১৭॥**

প্রাণেন—থবাইনা, অক্ষিপতা—লেঙহনবা; ক্ষুৎ চাক্লাম্বা; তৃট্—তরাম্বা, অন্তরা—মনুংগী, জায়তে—পোকয়ি, বিভো. বিভূ ওইবগী; পিপাসতঃ—খৌরাংবদু থোকহল্লীংদুনা: জক্ষতঃ—চানীঙ-দুনা; চ—অমসু, প্রাক্—অহানবদা, মুখম্—চীন; নিরভিদ্যত—কাথোক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবরু বিরাটপুরুষনা লেঙহন্দুনা জীবনা অরাম্-খৌরাংবা পোকহনখি। মহাক্না (বিরাট পুরুষনা) চানীঙ-থরিঙবা মতমদা চীন কাথোক্লম্মী।

নৈনরোল

জীব পুম্নমক্না মমা মমাগী গর্ভনুংদা লৈরিঙৈদা মখোয়গী জ্ঞান ইন্দ্রিয়শিং অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনা পোৎশক খঙলকপগী মতৌদু জীবশিংগী মহাসমষ্টি ওইরিবা বিরাটপুরুষ ওইরকপগী নিয়ম নীতিদু

ইন্‌বরোইনা তৌযি। মরমদুনা পোকপা মখল পুন্নমক্কী প্রধান কারণ অদু নিবাকার নত্তে অমসুং অপাম্বা হায়বদু লৈতবা নত্তে। ইন্দ্রিয় পুন্নমক্কী অপাম্বশিংদু বিরাট অদুগী মনুঙদা লৈরিবনি, মতৌ-চুগুম্না ব্যষ্টি জীবদসু অপাম্বশিংদু পোক্লিবনি। অপাম্বসে পরতন্ত্রগী স্বভাবনি। চীন পুন্নমক অদু বিরাটকী লৈবা মরম্না ব্যষ্টি জীবশিংগী চীন লৈ। ইন্দ্রিয়শিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী থুংলাহ ওইবা কায়াৎশিংসু অতৈগীসু অদু মওায। মকমসিদা চীনবু ইন্দ্রিয় অতৈগী থুদম ওইনা পাল্লিবনি, মরমদি মাগী নিয়মশিংদু চপ মান্ননা হাপ্লিব অতৈদসু চন্নরিবনি।

শ্লোক ১৮

**মুখতস্তালু নির্ভিন্নং জিহ্বা তত্ৰোপজায়তে।**
**ততো নানারসো জজ্ঞে জিহ্বয়া যোঽধিগম্যতে ॥১৮॥**

মুখতঃ চীন্দগী, তালু- চৌ, নির্ভিন্নং— পোকপনা, জিহ্বা— লৈযেঙ, তত্র—মবমদুনা, উপজায়তে —পোক্লকযি; ততঃ— মবমদুনা, নানারসঃ —মহাও মথেল মথেল, জজ্ঞে—পোকখি, জিহ্বয়া— লৈযেঙন; যঃ —মদু; অধিগম্যতে থঙভী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চীন্দগী চৌ থোবকযি মরমদনা লৈযেঙসু পোরকযি। অমিগী মতুঙদা মহাও মথলশিং থোরকযি মবমদ লৈযেংনা নহাও খংনবনি।

নৈনরোল

মাং নমং ... চীনা থাকসিনা অধিদেবগী ( *Pres ding de ties* ) বা তাকযি। মবমদি ... ... নহাও লৈবা রস (মহী) পুন্নমক্কী অধিদৈবতনি মবমসিনা চীন্না লৈযেঙগী ... নি, লৈযেঙনা মহী মথল পুন্নমক নহাও ... , ববণনা মহী ... থীংদে ... নি। ... নমা ... গী খংবা ... বকা ... লৈযেং ... লোয়ননা থোবকপনি। ... চৌগী ... হংলাই ... মবম্না ... অতিতন্নি হাবাদ পে ... নি, মতুং থাক তৌরবা থবাই ... নবা দেবতাদি অধিদৈব নি। অধিদেবগী থবক-তৌথন ... রিবা নাতুদি অধ্যাত্ম নি। মতৌ অসুম্না বিরাট-না চীন কাথোক্ল। মতুঙদা পোকুনা তত্ত্বশি কবম্না পোল্লকপনো হায়বদু ব্যাখ্যা তৌরি। ... বসিদা পোংলম মরি পাল্লসে অসিনা অধ্যাত্ম, অধিদৈব অমসু অধিভূত ... পোক্ত অতমসি শাক্লবনি, মমাঙদা তাকখিবগুম্না।

শ্লোক ১৯

**বিবক্ষোর্মুখতো ভূম্নো বহ্নির্বাগ্ব্যাহৃতং তয়োঃ।**
**জলে চৈতস্য সুচিরং নিরোধঃ সমজায়ত ॥ ১৯ ॥**

বিবক্ষোঃ - হাঙাওনিঙবা মাগী; মুখতঃ—চীন্দগী; ভূম্নঃ— বৈবাজ পুরুষগী, বহ্নিঃ— মৈ (অগ্নি দেবতা), বাক্—খোন্, ব্যাহৃতং— ঙাওলকপা বা; তযোঃ—অনীনা; জলে ঈশীংদা, চ— অদুম ওইনমক; এতস্য —পুন্নমকসিগী, সুচিরং— মতম যাম্না শাংনা; নিরোধঃ—তৌবা তোকপা, সমজায়ত—চৎথরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভূমা পুরুষনা বা ঙাওনীংলবদা বা ঙাওপোকখি। অধিষ্ঠাত্রী দেবতা ওইবা মৈনা চীন্দগী পোকখি। অদুবু মহাক্না ঈশীংদা চেপ্লিঙৈদা না-ঙাওবনচিংবা লেপ্লম্মী।

নৈনরোল

ইন্দ্রিয় মথল্ল মথল ওইখৎলকপগী থোইদোকপা অমদি অসিনি মতুদি মতম অমতদা মথোয়গী অধিষ্ঠাত্রী দেবতানা মতম মাল্লমাল্লনা য়োকখৎলী। মরমতুনা ঐথোয়না খঙংদবদি অসিনি মতুদি ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংতুবু ভুমা-পুরুষনা নিয়ন্ত্রণ তৌবি হায়বসিনি। হায়বা তারবদি অসিনি মতুদি ইন্দ্রিয়শিংনা বদ্ধজীবশিংবু মনীং তমহল্লী, ভুমা পুরুষনা মাগী মহুৎ ওইনা থারকপা অধিদেবতাশিংগী মীৎযেং মথাদা জীবশিংনা নীঙতম্বতু মরমচানা শীজিন্নগদবনি। ফজনা শীজিন্নবগী নিংমশিংবু থুগাইবা মীবু হুম্ববা পুন্সী অমগী ফীভমদা তাহল্লী। খুদমগী মশক ওইনা, লৈযেং অমসুং মাগী অধিদেবতা বরুণগী বা অমুক্তা থম্মৌ। লৈয়েং হায়বসি অচাপোৎ চাবগীদমক লৈবনি, অদুগা মী, শা অমসুং উচেকশিংগী তোঙানতোঙানবা মহাও মনীং তম্বা মতুং ইন্না লৈ। মীওইবগী চীলহাওগা ওক হায়বা শাদুগী চীলহাওগা অনীসি মান্নদে। অদুম ওইনমক, জীব জাত্তা অমনা প্রাকৃত গুণগী য়েংচুনা চীলহাও হৈনবকপা মতমদা অধিষ্ঠাত্রী দেবতানা জীবতুদা মাগী দেহ মতা অমা পীনবিয়ে। মীওইবা অমনা হৈনবা হৈনদবা খাযবা লৈতনা ওকুম্মা লোইনমক চাবা হৈনববোইদি হযেংযুক্কী মপোক্তা ওক ওইনা পোকপা য়াহন্নবা অধিদেবতাচুদা ভুমা পুরুষনা য়াথং অমা পী। ওক-তি লোইনমক চায় করি হায়নি থী-ফাওবা চায় অদুগা মীওইবা অমনা অমতা থাক্তবমখৈ চাবা হৈনবগাদি হয়েঙযুক্কী মপোক্তা তোঙ্গবা মপোক্তা পোন্নবা শেমশাবা তাবনি। অসিগুম্বা মপোক ফংবস্তু ঈশ্বরগী কৃপানি হায়না লৌবা তাই, মবমদি জীবতুনা মাগী অপাম্বা চীলহাওতু ফংনবগীদমক মতুগা চানগদবা দেহ মতা মাগী ওইবা পামজে। মী অমনা ওক্বী দেহ ফংলবদি মতুবু ঈশ্বরগী কৃপানি হায়না লৌগদবনি, মবমদি ঈশ্বরনা মাগী লম্বীচুদা চৎপা যাননবা শীনবিনি। শিরবা মতুঙদা অধিষ্ঠাত্রী দেবতানা জীবগী হকচাঙ পীবিবনি, পীবতু মরম চানা পীবনি, মরম যেদবমখৈ পীবা নত্তে। মীওইবা অমনা মতুংগী পুন্সীদা করম্বা হকচাঙ ফংগদৌরিবনো হায়বগী মরমদা চেকশনগদবনি। খৎতোক খৎশীন নাইদবা পুন্সী অমা থৌশাদবমখৈ লেনবদি খুদোং ঙীনবগাইনি। মসি শাস্ত্র পুম্নমক্না লাউবিবনি।

শ্লোক ২০

**নাসিকে নিরভিদ্যেতাং দোধূয়তি নভস্বতি।**
**তত্র বায়ুর্গন্ধবহো ঘ্রাণো নসি জিঘৃক্ষতঃ॥ ২০॥**

নাসিকে—নাতোন নাথন্দা, নিরভিদ্যেতাং—পোন্নবদা, দোধূয়তি থুনা যানা শীংতুনা, নভস্বতি—সোর হোনবা, তত্র—মতুনা; বায়ুঃ—মুংশীৎ, গন্ধবহঃ—মনম-পূম্বা, ঘ্রাণঃ—মনমগী ইন্দ্রিয়, নসি—নাতোন্দা; জিঘৃক্ষতঃ মনম নমনীংতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী, ভুমা পুরুষনা মনম নমনীঙলবদা নাতোন-নাথুন অমসুং সোরহোন পোকখি, নাতোন অমসুং মনম ময়াম থোরক্লে, মুংশীৎ কৌবা অধিদেবতাসু মনম পুরতুনা থোরকখি।

নৈনরোল

নাতোন কৌবা খুংলাই, মনম অমসুং অধিদেবতা মুংশীৎ, মনম-নম্বা অসি পুম্নমক; ভুমা পুরুষনা মনম নম্নীঙলক্লবদা, মতম অমতদা থোরকখি। বেদমন্ত্রনা রাযমসি উপনিষদশিংগী বচন-না সমর্থন তৌতুনা অসুম্না হায়রি মতুদি পোৎ খুদিংমক পাম্মী হায়বসি হান্নবা ভুমা পুরুষনা হায়বনি, তুংদা মাগী মথাথোংবা দেবতানা মতুগী মতুংইন্না থবক পায়খৎপনি জীবদি ভুমা-পুরুষনা উরবা

মতমদদা উবনি; জীবনা মনম নম্বসু ভূমা পুকৃষনা নম্নবা মতমদদা নপ্পনি, মতৌ অসুম্না থবক অতৈম্বনি। মসিগী ভাব হায়ববু অসিনি মত্তুদি জীবনা মরম্নাই ওইনা কবিমতা তৌবা ঙমদে। মহাক করিনোমা মরম্নাই ওইনা তৌননবা নীঙবমথৈ ঙম্মী, অদুগা মহাক্না মনীঙ তম্না তৌবদি ঙমদে। রাখল খনবগী মনীঙ তপ্পসি ঈশ্বরগী কৃপানা ওইবনি, খল্লিবদুগী মওং অমা লাকপদি ঈশ্বরগী কৃপাতনা লাকপা ঙপ্পনি। অদুনা মযাম্না হায়রিবদুনি—মীনা নীঙবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়দুনা। ব্যাখ্যা পুম্বসি জীবনা ঈশ্বরগী খুজিলবু পুঙভাই ভাইবা অদুগা ঈশ্বরনা মনীঙ-পুঙতম্-তপ্পা হায়বা বিষয়গী মবমদনি। ঈশ্বরগা জীবগা অমতনি হায়রিবা মীচশিংনা মখোয় মচা মচাবু ঈশ্বরগুম্না সর্ব্বেসর্ব্বানি অমসুং নীঙথাতম্বনি (স্বতন্ত্রনি) হায়বসি হায়না প্রমাণ তৌগদবনি। অদুদদা ঈশ্বরগা মখোয়গা অমতনি হায়বা বাহু চুমগনি।

শ্লোক ২১

যদাত্মনি নিরালোকমাত্মানং চ দিদৃক্ষতঃ।
নির্ভিন্নে অক্ষিণী তস্য জ্যোতিশ্চক্ষুর্গুণগ্রহঃ॥ ২১॥

যদা—মতমদা; আত্মনি—(ভগবান্‌পুরুষ) মচাদা, নিরালোকম্‌- মঙাল যাওদবা, আত্মানং—মাগী প্রাকৃত নত্তবা দেহ, চ অতৈ দেহশিংসু, দিদৃক্ষত: য়েংনিংলগা; নির্ভিন্নে—পোক্লবদা; অক্ষিণী—মীৎ অনী, তস্য—(বিরাট পুরুষ) মহাক্কী; জ্যোতিঃ- সুর্নাৎ, চক্ষু: মীৎ; গুণগ্রহ:—উবগী শক্তি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোৎ পুক্লক অমগদা লৈবা মতমদা ভগবান পুরুষনা মশাবু অমসুং স্থষ্টিনা পুন্সিমকপু উনীঙখি। মতমদুদা মীৎ অনীনে ঙালহম্নবা দেবতা সুর্নাৎ (সূর্য্য), উননবা শক্তিনে, য়েংগদবা পোৎনে লোইনমক পোকখি।

মনবোল

বক্ষাণ্ডসে মহৌশানা শুরু নপ্পা পোৎনি, মবনদুনা সৃষ্টি পুম্ববু ওৎ হায়বদি অমম্বা কৌয়ি। অহিং হায়বসে বক্ষাণ্ডগী শওম অশেঙবানি। মরমদি মতমদুদা কনামতনা মচাবুসু যাওনা করিমতা উবা ঙমদে। ভগবান্না, মাগী মমল য়াওদবা কৃপাদগী, অহানবদা মচামকপু অমসুং সৃষ্টি পুন্নকপু য়েংনীঙখি। অদুনা সুর্নাৎপু পুথোবকখি, জীব পুন্সিমক্কীসু উননবা শক্তি থোরকখি য়েংননবা পোৎশিংসু থোরকখি। মসিগী অর্থদি সুর্নাৎপু সৃষ্টি তৌববা মতুঙদা জগৎ পুম্ববু উবা য়াখি।

শ্লোক ২২

বোধ্যমানস্য ঋষিভিরাত্মনস্তজ্জিঘৃক্ষতঃ।
কর্ণৌ চ নিরভিদ্যেতাং দিশং শ্রোত্রাংগুণগ্রহঃ॥২২॥

বোধ্যমানস্য—খঙনীঙদুনা; ঋষিভিঃ ঋষিশিংনা; আত্মনঃ—বিরাট পুরুষগী; তৎ—মদু; জিঘৃক্ষতঃ—লৌনীঙবদগী; কর্ণৌ—নাকোঙ অনী; চ—সু; নিরভিদ্যেতাং—থোরকখি; দিশঃ—মায়কৈ নম্বগা সুংশীৎদেবতা; শ্রোত্রং—শ্রবণ তৌননবা শক্তি; গুণগ্রহঃ—শ্রবণ তৌননবা পোৎশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিশিংনা খঙনীঙবদগী নাকোঙনে, শ্রবণ-তৌননবা শক্তিনে, শ্রবণগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতানে অমসুং শ্রবণ তৌননবা পোত্তাশিংনে থোরকখি। ঋষিশিংনা আত্মাগী মরমদা শ্রবণ তৌনীঙখি।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না, জ্ঞান চাওখৎলকপনা মী অমনা পোৎ থূদিঙগী মঙ্গলগী মশক ওইবা ভগবান্গী মরম খঙননবা হোৎনগদবনি। জ্ঞান (খঙবা) হায়রগা প্রকৃতিগী নিয়মশিংদবু খঙহনবু নত্তে, প্রকৃতিগী নিয়মশিংদুদি ভগবান্গী য়াথং মতুং ইন্না থবক তৌরিবনি। বৈজ্ঞানিকশিংনা মনাকোঙনা তানীঙবদি প্রকৃতিগী নিয়মশিংতনি। রেডিও অমসুং টেলিবিঝন্গী মতেঙনা মখোয়না খোরাংনা তানীঙবদি আ-লাপ্পা লৈবা গ্রহ-উপগ্রহশিংদা থোক্লিবা থোদোকশিংগী মরমদনি। অদুবু মখোয়না খঙগদবদি অসিনি মদুদি শ্রবণ-শক্তি অদুগা শ্রবণ তৌনবগী খুৎলাইশিংনে ভগবান্না মখোয়দা পীবদি আত্মাগী মরমদা হায়বদি ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ তৌনবগীনি। অদুবু লাইবক থীবদগী শ্রবণ শক্তিবু মীরন্নেন্গী থোদোক্কী মখোন শ্রবণ তৌবদা শীজবন্নবা শ্রবণ তৌবগী শেরান্নবা হায়বদু খইরি। মহর্ষিশিংনা শ্রবণ তৌনিঙবদি বৈদিক জ্ঞান্না খুৎলাই ওইরগা ভগবান্গী মরমদনি, অতৈ অমা তানীংদে। মদুনি নাকোঙনা তাদুনা জ্ঞান লৌশন্বা হৌবদি।

শ্লোক ২৩

**বস্তুনো মৃদুকাঠিন্যলঘুগুর্ব্বোষ্ণশীততাম্।**
**জিঘৃক্ষতস্ত্বঙ্ নির্ভিন্না তস্যাং রোমমহীরুহাঃ।**
**তত্র চান্তর্ব্বহির্ব্বাতস্ত্বচা লব্ধগুণো বৃতঃ ॥২৩॥**

বস্তুন—পোৎশিংগী; মৃদু—থোৎপা; কঠিন্য—কন্বা; লঘু—য়াংবা; গুরু—লুম্বা; উষ্ণ—মৈশা শিজুং শাবা; শীততাম্—ঈঙবা; জিঘৃক্ষতঃ—খঙনীঙদুনা; ত্বক—উন্সা; নির্ভিন্না—য়েঙ্খোকখি; তস্যাং—উন্সাদা; রোম—তু; মহীরুহাঃ—উপাল্পীশিং, দেবতাশিং; তত্র—মফমদুদা; চ—সু; অন্তঃ—মনুঙদা; বহিঃ—মপান্দা; বাতঃ ত্বচা—শোকপা নত্রগা উন্সা; লব্ধ—খঙলবনা; গুণঃ—ইন্দ্রিয়না খঙবা পোৎ; বৃতঃ—পোকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাক্না পোৎ পুম্নমক্কী থোৎপা, কনবা, য়াংবা, লুম্বা, অমসুং ঈঙবা ফোনীঙলবদা (খঙনীঙলবদা) মহাক্কী উন্সা-শোকপা (ত্বক্), উন্সা-শোকপগী ইন্দ্রিয় (ত্বগিন্দ্রিয়) অমসুং মদুগী অধিষ্ঠান (মফম) থোরকখি, ত্বক্ অদুদা তু অদুগা ইন্দ্রিয়গী অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা উপাল্পীশিং পুম্নমক থোরকখি। স্পর্শগুণ (বিষয়) লৌবা মুংশীৎনা ত্বগিন্দ্রিয়গী মুং-পান অনীমক শীনথুংনা লৈরবনি।

নৈনরোল

থোৎপন চিংবা পোৎকী ফীভমশিংবু ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবগী হীরম্নি। মতৌসুম্না হকচাঙ খঙবদি স্পর্শ (শোকপা) হায়বদু বিষয়নি। পোৎকী অয়িং-অশাগী চাংদি থুৎনা শোক্লগা (পায়রগা) খঙবা ঙম্মী, অদুগা পোৎকী অৱস্থা খঙগে হায়রগনা পোৎতুবু থুৎনা থাজৎলগা খঙবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না য়াংবা লুম্বগী চাং হায়ফৎনা লেপ্পা ঙম্মী। উন্সা, তুখোঙশিং, তুশিংসি শোকপা (স্পর্শ)গা মরী লৈনৈ। উন্সাগী মুং-পান অনীমক্না শীৎলিবা মুংশীৎতু ইন্দ্রিয়না খঙনবা পোৎনি।

ইন্দ্রিয়শিংনা খঙবা হায়বসিসু জ্ঞানগী থোৎককম অমনি, মরমদুনা মফমসিদা হায়রিবনি মতুদি হক্লোন খঙবদি মথক্তা হায়খিবগুম্না আত্মা জ্ঞানগী মখা পোল্লি। আত্মাজ্ঞান্না অসুম চৎথরকপনা ইন্দ্রিয়না খঙবা ঙম্বা পোত্তাশিং খঙবা ফাওবা চৎথবকপা য়াই, অদুগা হক্লোন খঙবনদি আত্মাবু খঙবফাওবা চৎথবা যাদে।

অদুম ওইনমক হকচাঙগী তুগা পৃথিবীগী হকচাঙদা হৌরিবা পান্থীশিংগা অনকপা মরী অমদি লৈ। পান্থীশিংদি চৌঙ্গাক অমহং অনাবগী হীদাক ওইনা উন্নাবু যোক্লবনি, হাকমসি অদুমগুবা স্বন্ধদা য়াওরি —ত্বচম্ অস্য বিনির্ভিন্নাং বিবিশুঃ ধিষ্ণ্যম্ ওষধিঃ

শ্লোক ২৮

**হস্তৌ রুরুহতুস্তস্য নানাকর্মচিকীর্ষয়া।**
**তয়োস্তু বলবানিন্দ্র আদানমুভয়াশ্রয়ম্ ॥২৮॥**

হস্তৌ—খুৎ অনী, রুরুহতুঃ— পোরকখি, তস্য— মহাক্কী (পুরুষ), নানা—মখল মখাগী; কর্ম—থবক, চিকীর্ষয়া—তৌনীঙদুনা; তয়োঃ— মখোয়নীগী, তু—অদুম ওইনমক, বলবান—পাঙ্গল পীননবা, ইন্দ্রঃ— স্বর্গগী অধিষ্ঠাতৃ দেবতা, আদানম—পোৎনচিংবা ইন্দ্রিয়গী বিষয়গী মশক ওইবা থবক, উভয় আশ্রয়ম— হায়রিবা খুৎ অমহৈং দেবতাগী মপান-তাংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী মতুং ইন্দা পুরুষদুনা থবক মখল মখা তৌনিংলবা মতমদা খুৎ অনী থমহুং মখোয়গী বল (পাঙ্গল) পীবা দেবতা ইন্দ্রনা অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা থোকখি, হায়রিবা ইন্দ্রিয় অদুগা দেবতা-দগী আদান (পোৎনচিংবা বিষয় লৌবগী মশক ওইবা থবক) থোরাগে।

নীনরোল

জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংদি কবগুম্বদসু মনীঙ অমা থমদে হায়বসি ঐখোয়না নীঙশিংলবদি ঐখোয়গী অযবনি। ভগবান্দি ইন্দ্রিয় পূন্নমক্কী মবুংঙোন (হৃষীকেশ) হায়নৈ। জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংসে ভগবানগী ইচ্ছা মতুং হন্না থোরকখিবনি। ইন্দ্রিয় খুদিংমক্কী অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা অমমম লৈ। অদুনা কনাগুম্বা জীব অমত্তনা ইন্দ্রিয়শিংগী মপুনি হায়বা যাদে। জীববু ইন্দ্রিয়শিংনা খুদুম চন্নী, ইন্দ্রিয়শিংনা অধিষ্ঠাতৃ দেবতাশিংগী মখা পোলি অদুগা দেবতাশিংনা পরমেশ্বর ভগবানগী মনাইনি। অসুন্না তৌযি সৃষ্টিগী থৌরাংদি। অবোইবদাদি ভগবাননা শীনবা ঙাক ওইরে, মবমদুনা প্রকৃতিগীসু জীবগীসু নীঙতম্বা হায়বদু শূক্লৈ লৈতে। মরম্নাই ইন্দ্রিয়শিংগী মপুনি হায়না হায়জরিবা মায়াবদ্ধ জীবদো ভগবানগী বহিরঙ্গা শক্তিগী মখা পোনবনি। জীবনা নাপল মযাই কাবিবমখৈ মহাক ভগবানগী বহিরঙ্গা শক্তিনা চেংনা মাবু খুদুম চনথানি হায়বসে ঐখোয়না খঙগদবনিঃ মহাক্না মহাবু মুক্ত আত্মানি হায়জরবসু মায়া লাংদগী লাম্থোকপগী বা লৈতে।

শ্লোক ২৫

**গতিং জিগীষতঃ পাদৌ রুরুহাতেঽভিকামিকাম্।**
**পদ্ভ্যাং যজ্ঞঃ স্বয়ং হব্যং কর্মভিঃ ক্রিয়তে নৃভিঃ॥২৫॥**

গতিম্—চৎপা; জিগীষতঃ—পায়রহুনা; পাদৌ—খোঙ অনী; রুরুহাতে—থোরকখি; অভিকামিকাম্—অপাম্বা থবক্কী ওইবা; পদ্ভ্যাম্—খোঙদগী; যজ্ঞঃ—বিষ্ণুদেবতা; স্বয়ম্—মহামক; হব্যম্—মথৌশিং; কর্ম্মভিঃ—কনাগুম্বগী মশিন্না; ক্রিয়তে—তৌহল্লী; নৃভিঃ—মীওইবা মখল মখানা।

ঐথৈতেলোন্দা হন্দোকপা

নীঙবা থুংনা চৎপা য়াননবগী ইচ্ছা পোক্লবদা মহাকী খোঙ অনী থোরকখি: খোঙদগী অধিষ্টাতৃ-দেবতা বিষ্ণু কৌবহু থোরকখি। মীওইবশিংনা চৎপগী ইন্দ্রিয়না পাঙথোকয়াবা থবক তৌহুনা যজ্ঞ-গীদমক পোৎ থিজল্লী।

ঐনরোল

মীওইবা খুদিংমক্কা মাগী মাগী বর্ণাশ্রমগী মথৌ পাঙথোকয়ি, অসিগুম্বা থবক্কী ইন্নাংসি মখোয়না হঙ্ক-হন্দা চৎপা মতমদা উবা ফংঙী। মসি য়াম্না শংশংনা উবা ফংঙী পৃথিবীদা লৈবা মহানগরশিংদা। মীয়াম পুম্বনা সহর পুম্নমক্তা থন্নাই য়াওনা মকম অমদগী অমা তান্না চৎনরি। খোঙচৎসি সহরশিংদদা নত্তে, সহরগী ব্রাংমদা মফম অমদগী অমদা নৎত্রগা সহর অমদগী অমদা গাড়ী মখল মখল তোংলগা চৎপস্থ উবা ফংঙী। মীওইবশিংনা লম্বী-থোংদনা কার তোংহুনা নত্রগা রেলগাড়ী তোংহুনা নত্রগা লৈন্নুংগী লম্বীদা, অহু নৎত্রগা নোংথক্তা প্লেন তোংহুনা ললোন-ইতিক্কীদমক চৎনরি। অহুবু খোঙচৎ ময়ামসিগী অওইবা উদ্দেশ্যদি মুংঙাইন পুন্সী লেম্নবগীদমক শেল তানবনি। মুংঙাইনা লেনবা পুন্সীসিগীদমক বৈজ্ঞানিক, কলাকার, খুৎশাহৈবা, ইঞ্জিনিয়রনচিংবা মীওইবগী থবক মখল মখা হৈবা মী পুম্নমক থবক তৌয়ি। মখোয় অমতস্থ মীওইব-পুন্সীগী মথৌ পাঙথোক্লবগীদমক মখোয় মখোয়গী থবকশিংহু কান্নহনগদবনি হায়বহুদি খঙদে। মরুওইবা ব্রাফমসি খঙদবা মরম্না মখোয়না তৌরিবা পুম্নমক্কী উদ্দেশ্যদি খাকপঃ লৈতনা ইন্দ্রিয়-পেন্নবগী ঙাক্তা ওইহুনা তোকয়ি। মহুম্না তৌবনা অমম্দা য়াম্না য়োনা চঙঙী হায়বা খঙদবমখৈ চঙশল্লী।

মখোয় পরমেশ্বর বিষ্ণুগী বহিরঙ্গা শক্তি মায়ানা শুমহৎখিবা মরম্না পরমেশ্বর বিষ্ণুবু পুৎকাউ কাউ-থোকয়ি। মতৌ অসুম্না ওইবা মায়াগী বন্ধন-দা পুনথবা পুন্সীসিনা পুয়োই লোইরে হায়না লৌরগা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা তৌয়ি। অসুম্না লান্না পুন্সীবু লৌবনদি পুরুষংগী শান্তি পীব্রোই কনামতদা। অহুনা প্রকৃতিগী মরল শীজন্নরগা জ্ঞান চাউথৎলবস্থ মায়িক সভ্যতাসিদা কনাস্থ মুঙাইবা ঙমদে। অওইবা ব্রাদি মালেমগী শান্তি ওইননবা স্বার্থ থাদোক্লবা খোঙথাঙ খুদিঙগী হোৎনগদবনি। হায়ম্নিবা ব্রাসি ভগবদ্গীতানস্থ হায়রি (১৮ / ৪৫-৪৬) মখাগী শ্লোকশিংদাঃ—

স্বে স্বে কর্ম্মণি অভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ।
স্বকর্ম্মনিরতঃ সিদ্ধিং যথা বিন্দতি তচ্ছৃণু ॥
যতঃ প্রবৃত্তির্ভূতানাং যেন সর্ব্বম্ ইদম্ ততম্।
স্বকর্ম্মনাতম অভ্যর্চ্চ্য সিদ্ধিং বিন্দতি মানবঃ॥

ভগবান্না অর্জ্জুন-দা হায়খি—"মহাগী মথৌ তৌবতনা পুন্সীদা সিদ্ধি (মহৈ-য়ানবা) মতৌ করম্না মীওইবনা ফংবা ঙম্মী হায়বদো ঐ হায়গে তাও। মীওইবনা সিদ্ধি ফংবদি পরমেশ্বর ভগবানবু আশা তৌরগা অমস্থং ভগবান্ বিষ্ণুগীদমক্তা যজ্ঞ তৌবতনা সিদ্ধি ফংগনি। ভগবান বিষ্ণুদি সর্ব্বব্যাপীনি অমস্থং মাগী মখা পোন্না চৎলগা জীব খুদিংনা মানা মানা পামজবা অহু ফংননবা উপায় ফংজরিবনি।"

ওক্লা মীওইবদগী হেল্লী, মরমদি ওক্তি মতম অমতা ওক্লাও ডজন অমা পোকপা ঙম্মী, অদুগা মীওইবদি অমুক পোকপদা মচা অমতমক পোকয়ি। মরমদুনা শিশ্ননে, সম্ভোগকী নুংঙাইবনে, মুপীনে অমম্তুং মচানে লোইনমক ভগবান্‌গী সেবাগা মরী লৈনৈ; ভগবান্‌গী সেবাদা লৈ রবা সম্বন্ধসি কনাগুম্বনা কাউরবদি প্রকৃতিগী নিয়ম মতুং ইন্না মহাক মৈচাক মখল অহুমদু চাক্লনি। সম্ভোগ তৌবগী নুং-ঙাইবা খঙবদি হুইস্নু খঙঙী, অদুবু মহাক্কী কৃষ্ণভাবনাগী রা লৈতে। মীগা হুংগা খেন্নবদি কৃষ্ণ-ভাবনা-তনা খেন্নহনবনি।

শ্লোক ২৭

**উৎসিস্ক্ষোর্ধাতুমলং নিরভিদ্যত বৈগুদম্।**
**ততঃ পায়ুস্ততো মিত্র উৎসর্গ উভয়াশ্রয়ঃ॥ ২৭॥**

উৎসিস্ক্ষোঃ—ফায়দোক্লীঙদুনা; ধাতুমলং—থী; নিরভিদ্যত—থোরকখি, বৈ—লেপ্পমক; গুদম—শৌচথোঙ; ততঃ—অদুদগী; পায়ুঃ—ফায়দোক্লবা ইন্দ্রিয়; ততঃ অদুদগী; মিত্র—অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা; উৎসর্গঃ—থী ফায়বা; উভয়—অনী; আশ্রয়—চঙক্লকম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্লা চাখিবা পোৎশিংদুগী মচি নত্তবা শরুক অদু (থী), ফায়দোক্লীঙলবদা শৌচথোঙগী মশক ওইবা অধিষ্ঠান থোরকখি; অদুগী তুংদা মাংনবা ইন্দ্রিয়নে (পায়ুনে) অদুগা মতুগী অধিষ্ঠাতৃ দেবতা মিত্রনে থোরকয়ি। থী ফায়বদি হায়রিবা ইন্দ্রিয়সিনে অমসুং অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা মিত্রনে অনীসিগী মখা পোল্লী।

নৈনরোল

থী ফায়বদযাওবা থীদু দেবতাগী মখা পোল্লী, অদুনদি জীবনা মাদি নীংতম্মী হায়বদি মতৌ করম্না হায়গনি?

শ্লোক ২৮

**আসিস্প্সোঃ পুরঃ পুর্য্যা নাভিদ্বারমপানতঃ।**
**তত্রাপানস্ততো মৃত্যুঃ পৃথক্ত্বমুভয়াশ্রয়ম্॥ ২৮॥**

আসিস্প্সো—মফম খুদিংদা চৎনীঙলগা; পুরঃ—তোঙান তোঙানবা দেহদা; পুর্য্যাঃ—দেহ অমদগী; নাভিদ্বারম্—খোয়দৌ; অপানতঃ—থোরকখি; তত্র—মরমদুনা; অপানঃ—চৎননবা নুংশীৎনে; ততঃ—অদুদগী; মৃত্যুঃ—শিবা; পৃথক্ত্বম্—তোঙান্না; উভয়—অনীমক; আশ্রয়—লৈফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা, বিরাট পুরষনা দেহ অমদগী অতোপ্পা দেহ অমদা চঙনীঙলবদা খোয়দৌনে, চৎননবা নুংশিৎনে অমসুং মৃত্যুনে অমমসে শেমখি। খোয়দৌদি মৃত্যুনে অমসুং অপান ইন্দ্রিয়নে মখোয় অনীসিগী তুঙফম্নি।

নৈনরোল

পরাখুন পুন্সী চৎথহল্লী অদুগা অপান-বায়ুনা হিংননবা শক্তি থিংঙী। বায়ু অনীমকসি খোয়দৌদগী থোরকপনি। খোয়দৌসি দেহ অমগা অমগা শম্নহল্লি। ভগবান্ ব্রহ্মা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী খোয়দৌদগী দেহ তোঙানবা অমা ওইনা পোকখি। নিয়মসিমক অচৎবা দেহ অমা পোকপদসু

ইন্নী। অঙাঙগী দেহ মমাগী দেহদগী থোরকপনি; অঙাঙহুবু মমাগী দেহদগী থাযদোবকপা মতমদা শম্নযম থোয়দৌহু কবথংলগা থায়দোকই। মতৌ অহুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না মচ্চাবু থায়দোরবা ময়াম ওইনা থোরকখি। মরমহুনা জীবশিংসে থায়দোক্লরবা অংশ ভাক্তি, মরম অসিনা মখোয়গী নাঙতম্বা লৈতে।

শ্লোক ২৯

**আদিৎসোরন্নপানানামাসন্ কুক্ষ্যন্ত্রনাড়য়ঃ।**
**নদ্যঃ সমুদ্রাশ্চ তয়োস্তুষ্টিঃ পুষ্টিস্তদাশ্রয়ে॥ ২৯॥**

আদিৎসোঃ - ফংনীঙহুনা; অন্ন-পানানাম্—অচা-অথক, আসন্—থোরকখি; কুক্ষি পূক, অন্ত্র—থীবোঙ থীরন; নাডয়ঃ—শিংলিশিং, নদ্যঃ—তুরেলশিং; সমুদ্রাঃ—সমুদ্রশিং; চ- সু, তয়োঃ—মখোযগী, তুষ্টিঃ—পেনবা; পুষ্টিঃ—নোযগনবা; তৎ—মখোয়হুগী, আশ্রয়ে—থোরকযম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচা-অথক পাব্রকপা মতমদা পূক, থীবোঙ-থীবিন অমসুং শিংলিশিং থোবকয়ি। তুরেলশিং অমসু সমুদ্রশিং মখোযগী পেন্নবা অমসুং নোযপেন্নবগী মকনি।

নৈনরোল

থীবোঙ-থীবিনশিংগী অধিষ্ঠাতৃ-দেবতাদি তুরেলশিংনি অহুগা শিংলিশিংগীনা সমুদ্রশিংনি। অচা-অথক্লা পূক থলহনবদি হিংনবগী চীঙ্গাক্তি; অচা অথক্লা ওন্নকপা শররা দেহগী শক্তি মাঙবহু হনহনহল্লী। মরমহুনা হকচাঙ ফর্বদি থীবোঙ-থীরিন অমসুং শিংলিশিংনা তৌবকপা হকচাঙ যননবগী থবক্কা ফংগদবনি। তুরেলশিং অমদি সমুদ্রশিংনা, অনীহুগী অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা ওইবা মরম্না, থীবোঙ থীরিন অমসুং শিলিশিংবু মচ্চা যনা যোকখংলি।

শ্লোক ৩০

**নিদিধ্যাসোরাত্মমায়াং হৃদয়াং নিরভিদ্যত।**
**ততো মনশ্চন্দ্র ইতি সঙ্কল্পঃ কাম এব চ॥ ৩০॥**

নিদিধ্যাসোঃ - খঙনিঙলক্লনা, আত্মমায়াং—মচ্চাগী শক্তিবু; হৃদযং—থমোই; নিরভিদ্যত—থোরকখি; ততঃ—অহুদগী; মনঃ—পুক্নীঙ; চন্দ্র- (অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা) থাজ; ইতি- অহুম্না, সঙ্কল্পঃ - পুক্নীঙ চপ-য়ুংবা; কামঃ—অপাম্বা, এব—অহুকখক; চ- সু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিরাট পুরুষনা মহাক্কী মাযাগী থবক্কী মরমদা থম্নীঙবা মতমদা থম্মোই (পুক্নীঙগী লৈফম), পুক্নীঙ, থাজ (চন্দ্র), সঙ্কল্প অমসু কাম (অপাম্বা পৃশ্বা) থোরকখি।

নৈনরোল

জীব খুদিংগী থম্মোইদি পবমেশ্বর ভগবান্গী অংশাবতার পরমাত্মাগী লৈফম্নি। পরমাত্মা যাওদ্রবদি জীবনা মহাক্কী নহান মপাক্লা তৌথিবা থবক্কী মতুং ইন্না মাগী কর্ম্মগী শক্তিদা চঙশনবা ঙম্মোই। প্রাকৃত জগতে মাযাবদ্ধ ওইহুনা জীবশিংসি মখোয় মখোয়দা যাওরবপা ভপাস্নশিংগী মতুং ইন্না সৃষ্টিদা শকটংলকয়ি, অহুগা ফংফম থোকপা মখোয মখোযগী দেহহু পরমাত্মাগী য়াথ দগী

প্রাকৃত শক্তিনা পাঁয়ে। রাফমসি ভগবদ্গীতাদা শন্দোক্লা তাক্লি (৯।১০)। মরমসিনা, পরমাত্মানা মায়াবদ্ধ জীবগী থম্মোইনুংদা লৈরবা মতমদা চঙগদবা পুক্কীঙহু জীবাত্মাদা থোরকয়ি। ভূম্যবদগী চৌগৎলগা মথৌ মশক থঙলকপগুম্না মহাক্কী মশিন্ করিনো হায়বা খঙলকয়ি। মরমহুনা জীবগী প্রাকৃত মন (পুক্কীঙ) অহু পরমাত্মানা থম্মোইদা লৈরবা মতমদা থোরকয়ি, অহুদগী পুক্কীঙ, অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা (চন্দ্র) অমসুং অহুদগী, পুক্কীঙগী মথৌশিং (রাখন্ খনবা, অনুভব তৌবা, অমসুং নীঙবা) ওইরকয়ি। থম্মোই থোরক্কবদি পুক্কীঙগী থবকশিং হৌবা ঙমদে, অমসুং থম্মোইদি ভগবান্না জগৎ সৃষ্টিগী থবকশিংহু য়েংনীঙবা মতমদা থোরকয়ি।

শ্লোক ৩১

**ত্বকুচর্ম্মমাংসরুধিরমেদোমজ্জাস্থিধাতবঃ।**
**ভূম্যপ্তেজোময়াঃ সপ্তপ্রাণো ব্যোমাম্বুবায়ুভিঃ॥ ৩১॥**

ত্বক্—উন্সাগী অপাবা মরোল; চর্ম্ম—উনসা; মাংস—শদোঙ; রুধির—ঈথেং; মেদ—মহাউ (চর্ব্বি); মজ্জা—শদিং থাও; অস্থি—শরু; ধাতবঃ—ধাতুশিং; ভূমি—লৈপাক; অপ্—ঈশীং; তেজঃ—মৈ; ময়াঃ—ডাক্তগী ওইবা; সপ্ত—তরেৎ; প্রাণঃ—থরাই; ব্যোম—অতিয়া; অম্বু—ঈশীঙ; বায়ুভিঃ—নুংশীৎনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙগী ধাতু (মচাক) তরেৎ হায়বদি ত্বক্, উন্সা, শদোঙ, ঈথেঙ, মহাও, শদিংথাও অমসুং শরু নচিংবসি লৈথোম, ঈশী, অমসু, মৈনা শাবনি, অহুগা থরাইবুন। অতিয়া, ঈশীঙ অমসুং নুংশীৎনা পুথোকপনি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎ শেম্বদি মক ওইনা মচাক অহুম্না হায়বদি লৈপাক, ঈশীং অমসুং মৈনা শাবনি। থরাইবু শাবদি অতিয়া, নুংশীৎ অমসু, ঈশীংনা মচাক ওইরগা শাবনি। মরমহুনা প্রাকৃত সৃষ্টিগী অপোবা অমসুং অকুপ্পা পোৎ ঙনামক্তা য়াওবা মচাক্তি ঈশীঙনি; অহুনা চঙকম থোকপা অশীংনা সৃষ্টিদা মক ওইবা মরম্না মচাক মঙাগী মনুঙদা মানা খ্বাইদগী অথোইবনি। প্রাকৃত দেহসি মরমহুনা, মচাক মঙানা ওইবনি; অপোবা শক্তম লৌবনা লৈপাক, ঈশীং অমসু, মৈ হায়বা অহুমসিগী মপান্ননি। হকচাঙদা শোকয়ি হায়না খঙবদি উন্সাগী লৈরোল অপাবহুগী (হক হায়বহুগী) মপান্ননি। থরাইসোরদি অতিয়া, নুংশীৎ অমসুং ঈশীংননি, মরমহুনা হকচাঙ শেংনা লৈগে হায়রবদি লমহাঙ, নিত্তিগী ইরুজবা অমসুং লৈফম মরাঙ-কায়না লমদা চঙঙী। পৃথিবীদগী থোকপা অতেক-অনৌ হায়বদি চেঙ-হরাই অমদি মনামশীঙ, অহুগা থুমহী নত্তবা ঈশীং অমসুং মৈশা হকচাঙ য়োক্লগীদমক ফৈ।

শ্লোক ৩২

**গুনাত্মকানীন্দ্রিয়াণিভূতাদিপ্রভবা গুণাঃ।**
**মনঃ সর্ব্ববিকারাত্মা বুদ্ধিবিজ্ঞানরূপিণী॥৩২**

গুণ আত্মকানি—গুণশিংদা নপশনবা; ইন্দ্রিয়াণি—ইন্দ্রিয়শিং; ভূত-আদি—প্রাকৃত অহঙ্কার; প্রভবা—নমক্কবা; গুণাঃ—প্রাকৃত গুণশিং; মনঃ—পুক্কীঙ; সর্ব্ব—লোইনমক; বিকার—মওঙ তোংবা (অরা-নুংঙাই); আত্মা—থরাই; বুদ্ধিঃ—লৌশিং; বিজ্ঞান—তৌনীঙবা খঙনীবা ঙম্মা য়াওনা খঙবা নংত্রগা তৌবা; রূপিণী—মশক ওইবী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রিয়শিংদি শব্দনচিংবা বিষয়দা ওন্শনবা স্বভাব চেনবা ভাক্তি, অদুগা অহঙ্কা দগী (ঐ ঐ হায়বদগী) থোকপনি। পুক্নীংদি বিকার (অৱা-মুংভাই) গী মগা পোন্বনি। অদুগা বুদ্ধিনা মনগী ৱাখল মথন্নি।

মৈনরোল

প্রকৃতিনা শুমহৎপদগী জীবনা ওইদবা অহঙ্কার অদু মহাক্নি হায়না লৌনি। শেংনা হায়বা তারগদি, জীবনা প্রাকৃতদেহ কৌবা লাংদা থুরবা মতমদা মহাক্না মঙ্গাবু ইকচাউগা লৈনরিবা সম্বন্ধগী মতুং ইন্না শক্তাকচৈ, মহাক আত্মানি হায়বা শক্তমদু কাউথোকখি। ওইদবা অহঙ্কারসিনা প্রাকৃত গুণশিংগা তিন্নে অমসুং মতৌ অমুম তৌবনা ইন্দ্রিয়শিংনা প্রাকৃত গুণশিংদ লুপ্পী। প্রকৃতি ৱা মথেল খঙনবা থুংলাইনি মন-দি, অদুগা বুদ্ধিদি অফ-ফত্তা খঙবা ঙম্মী অদুনা যমনবা হায়দুনা বুদ্ধিনা ৱা খুদিঙমক হোংদোকপা ঙম্মী। মধমদুনা, বুদ্ধি লৈবা মীদি বুদ্ধি চুম্না শীজিন্নগদি সংসারদগী মুক্তি ফংবা ঙম্মী। বুদ্ধি লৈবা মীনা সংসারগী ফীভম ফত্তবদু থিদোকপা ঙম্মী, মতুম্না থিরগা মহাক করিনো, কারিগীদমক মহাক্না অৱাবা কোঙ্গায় অমা ফংলিবনো, অদুগা অৱাবশিং করম্না কোক্কনি হায়বগী মতাঙদা খিজিনবা হৌযি। অদুম তৌরগা অযবা সঙ্গগী মপান্না আত্মানুভূতি তৌৱবা পুনি লেন্নবা হোংনবা যাই। মুক্তিগী লম্বী পাংলবা সাধু সন্তশিংগা সঙ্গ তৌগদবনি পাওমেন্নরি। অসিগুম্বা সঙ্গগী মপান্না মাযাবদ্ধ জীবগী সংসার আসক্তি হম্বরকপা ঙম্নবা পাউতাক যংগনি; মতৌ অমুম তৌবগা বুদ্ধিমান সংসারী অমনা মাযাদগী অমসুং মিথ্যা অহঙ্কারদগী নাম্থোরকপা যাগনি অমসুং সৎ চিৎ-আনন্দগী পুন্সী অশেংবদুদা কাখৎপা ঙমগনি।

শ্লোক ৩৩

এতদ্ভগবতো রূপং স্থূলং তে ব্যাহৃতং ময়া।
মহ্যাদিভিশ্চাবরণৈরষ্টভির্বহিরাবৃতম্ ॥ ৩৩ ॥

এতৎ অসি মযাম, ভগবতঃ— পরমেশ্বর ভগবানগী, রূপম্— শক্তম, স্থূল - অপোৌবা, তে— নঙোন্দা; ব্যাহৃতং শন্দোক্না হায়রে, ময়া— এনা; মহী— পৃথিবী; আদিভিঃ— চিংনা; চ— অমসুং, আবরণৈ - মখুম্না, অষ্টভির্— নিপান্না, বহিঃ —মপাক্তোংদা, আবৃতম্ — কুপ্পী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ৱাজন! ঐনা ইনিংথোগী মফমদা ভগবানগী অপোৌবা শক্তম শন্দোন্না লীরিবসিনি, পৃথিবীনচি বা প্রাকৃত আবরণ (কুয়োম) নীপান্না অপোৌবা শক্তমসিগী মপাক্নংবা শৱক অদু কুপশল্লী।

মৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা হায়খিবগুম্না (৭।৪), ভগবানগী তোঙান্তাবা প্রাকৃত শক্তিবু কুয়োম মথল নীপান্না কুপশল্লী, কুয়োম নীপান্দুদি লৈপাক, ঈশীং, মৈ, নুংশীৎ, অতিয়া, পুক্নীং, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কার (ঐ-ঐ হায়বা নাপল) অসিনি। মখোয় পুম্নসি ভগবান্দগী মাগী কুয়োম ওইনা থোরকপনি। কুয়োমশিংসে মুমীৎপু কুপ্না নোংগুম্বনি। নোং হায়বসি মুমীৎনা থোকহনবনি, অদুমকপু মুমীৎপু উবা য়াদনবা মীৎপু লুমশল্লী। তশেংবদি নোংনা মুমীৎপু কুপ্তে। নোংনা য়াম্না শন্দোক্কে হায়না শন্দোক্লবদা অতিয়াদা মাইল চামা চাম্নাদু কয়ামুক শন্দোকপা ঙম্মী, অদুবু মুমীৎতি মাইল লাখ লাখ-তগী হেন্না চাওয়ি। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তি মযামগী অমনা ভগবানবু শীঙ্গংনা

কুপ্পদি ওমদে। প্রকৃতি মপু ওইবা পামজবা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী মীৎপু থুমহল্লবা হায়হুনা আবরণশিংসে ভগবাননা স্মৃষ্টি তৌবনি। তশেংবদি মায়াবদ্ধ জীবশিংবুদি মায়ানা কুপ্পুনা লৈ। ভগবাননা মহাবু জীবশিংগী মমীত্তা উহল্লনবা অধিকার মাগী লৈ। জীবশিংগী দিব্যচক্ষু লৈতবা মরম্না তমদি মখোয়না ভগবানবু উবা ওমদবা মরম্না ভগবান্ লৈতে হায অহুনা ভগবান্‌গী দিব্যরূপ-স্তু লৈতে হায়। অসিগুম্বা বুদ্ধি-বাৎপা মীনা প্রাকৃত বিরাট রূপকী আবরণসিবু লৈ হায়না লৌযি। মসি ওইরিবসে করম্না ওইরিবনো হায়বহু মখাদা লাকপা শ্লোকস্‌দা শন্দোক্না তাক্লী।

শ্লোক ৩৪

**অতঃ পরং সূক্ষ্মতমমব্যক্তং নির্বিশেষণম্।**
**অনাদিমধ্যনিধনং নিত্যং বাঙ্মনসঃ পরম্ ॥ ৩৪ ॥**

অতঃ—মরমহুনা, পরং—প্রাকৃত-নত্তবা; সূক্ষ্মতমম্—নুপ্পেন-কুপ্পা, অব্যক্তং—শকউদবা; নির্বিশেষণম্—প্রাকৃত লক্ষণ-য়াওদবা; অনাদি—অহৌবা লৈতবা, মধ্য—মরক য়াওদবা; নিধনং—পোলোই-লৈতবা; নিত্যম্—মতম পুম্বগী ওইবা; বাক—বাহৈ; মনসঃ—পুক্নীংগী; পরম্—প্রাকৃত নত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমহুনা অসিগী (স্থূল প্রকাশসিংগী) বাংমদা নুপ্পেন-কুপ্পা প্রাকৃত নত্তবা রূপ অমা লৈ। মসিগীদি মকোক-মথঙ-মমৈলোম্বা হায়বহু লৈতে, বাহৈনা ফোংদোকপা অহুগা পুক্নীংনস্যু খন্দোকপা ওমদে। মসি নিত্য ওইবা অমনি।

নৈনরোল

ভগবানগী স্থূল ওইবা দেহদি মরক মবক্তা উৎলী, অহুনা স্থূল রূপ অহু ভগবানগী নিত্যরূপ (মতম পুম্বগী ওইবা শক) নত্তে। নিত রূপকী অহৌবা, মরক্কী ওইবা অমদি মমৈ হায়বা লৈতে। অহৌবা, মরক্কী ওইবা অমদি মমৈ নাইবা পোত্তি প্রাকৃত কৌয়ি। প্রাকৃত জগৎতি ভগবানগী হৌরকপনি, মতৌ অসুম তৌবনা ভগবানগী রূপ-তি, প্রাকৃত জগৎ হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নুপ্পেন-কুপ্পদগীশু বাংমদা লৈব। অপ্রাকৃতনি হায়বদি বাখল্লা লামবদা কুপ্পদাশি ভাইরে হ য়বহুদগী হেন্না কুপ্পনি। প্রাকৃত জগত্তা আকাশদগী হেন্না কুপ্পা অমা লৈত্রবনি। আকাশদগী হেন্না কুপ্পদি পুক্নীংনি, বুদ্ধিনি অহুগা অহঙ্কারনি। কুয়োম নিপালসে পরতত্ত্বগী হায়বদি পরম সত্যগী মপান্‌গী ওইবা বুয়োম্নি হায়না লৌনৈ। মরম অসিনা পরতত্ত্বদি প্রাকৃত মন অমসুং বাকানা লাম্বদা ফংদবা পোত্তা অমনি। প্রাকৃত ওইবা বাখলশী বাংমদা লৈবনি মহুদি। মসিবু নির্বিশেষণম্ হায়না কৌযি। অসুম ওইনমক নির্বিশেষণম্ হায়রগা প্রাকৃত নত্তবা গুণ লেন্দনি হায়না লৌরুনা লৌবা য়াদে। নির্বিশেষণম্‌গী অর্থদি গুণ হায়বনি। মরম অহুনা মওন্দা হাপ্পিবা নির্ হায়বসিগী অর্থদি মহাক্কী প্রাকৃত গুণ লৈতে অমদি বৈচিত্র লৈতে হায়বা নত্তে। লৈতে হায়বা তাক্লবা বাহৈসে প্রাকৃত-নত্তবা গুণ মখিদা কোংদোকয়ি, মহুদি অব্যক্ত, অপ্রাকৃত, নিত্য অমসুং বাঙ্মনসঃ পরম্। বাহৈগী ওমাংখ বাংমাদা হায়বসিগী অর্থদি প্রাকৃত নত্তবা হায়বনি। কনাগুম্বনা অপ্রাকৃত সত্ত্বগুণদা লৈত্রগদি ভগবানগী চিন্ময় রূপ অহু খঙবদি ওইথোক্তবনি।

শ্লোক ৩৫

**অমুনী ভগবদ্রূপে মযা তে হ্যনুবর্ণিতে।**
**উভে অপি ন গৃহ্ণান্তি মায়াসৃষ্টে বিপশ্চিতঃ ॥ ৩৫ ॥**

অমূনী—পুম্নমক্কি; ভগবৎ—ভগবান্গী; রূপে—শক্তমশিংদা; ময়া—ঐনা; তে— নঙোন্দা, হি—
—লেপ্পমক; অনুবর্নিতে —মথঙ মথঙ লিখরে; উভে—অনীমক; অপি—সু; ন—নত্তে; গৃহ্নন্তি—লৌয়ি;
মায়া—মপাম্বোঙগী; সৃষ্টে—অদুম্না উহল্লকপনা; বিপশ্চিতঃ—খঙ-হৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা অদোমগী মফমদা স্থুল অমসুং সূক্ষ্ম রূপ অনীদু লীখরে। (শুদ্ধ ভক্তিলৈবা) পণ্ডিতশিংনদি হায়রিবা মথল অনীগী রূপ-সিবু য়াদে, মরমদি অনীমক মায়ানা ওইহনবনি।

নৈনরোল

নির্বিশেষবাদীশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্বু মথক্কা হায়রিবা মওঙ অনীসি ওইনা খল্লী। অমা-রোমদনা মখোয়না ভগবান্বু বিশ্বরূপ ওইনা লাৎলী, অমরোমদনা অমুক, ভগবান্গী অব্যক্ত ওইনা, বর্ণন-তৌফম-খঙদবা সূক্ষ্ম রূপ ওইনা খল্লী। সর্ব্বেশ্বরবাদ (বিশ্বরূপ-বাদ) অমসুং অদ্বৈতবাদ্দি অনীসি পরমেশ্বর ভগবানগী স্থুল অমসুং সূক্ষ্ম-নি হায়বগী মতাঙদা শীজন্নবা য়াই, অদুবু অনীমক্সে অখঙবা ভগবৎ- ভক্তশিংনদি য়াদে মরমদি মখোয় অনীমক অওইবা রূপ অদু খঙঙী। রাফমসি ভগবদ্গীতাগী তরামাথোইশুবা অধ্যায়দা তশেংনা পল্লি, মদুদা পরমেশ্বর ভগবান বিশ্বরূপ অর্জুন মহাক্না উখিবদো যাওরি।

**অদৃষ্টপূর্ব্বং হৃষিতোঽস্মি দৃষ্ট্বা ভয়েন চ প্রব্যথিতং মনো মে।**
**তদেব মে দর্শয় দেব রূপং প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস॥ (ভগবদ্গীতা ১১।৪৫)**

অর্জ্জুনদি ভগবান্গী শুদ্ধভক্ত অমা ওইবা মরম্না মমাঙৈঙদা কদোঙৈদসু ভগবানগী বিশ্বরূপসি উখিল্লি। মসি উবা মতমদা মহাক্না খঙনীংলম্লদু থুংজরে। অদুবু অসিগুম্বা রূপ অদু উরগা কন্নিসু য়ুংঙাই-জরমদে মরমদি শুদ্ধভক্ত অমা ওইনা ভগবান্দা আসক্ত ওইরম্মী। ভগবান্গী বিরাট রূপ অদু উবদা মহাক য়াম্না কিরম্মী। মরমদুনা মহাক্না মহাক্কী চতুর্ভুজ রূপ হায়বগী কৃষ্ণরূপ-তা হনজরম্মী, রূপ অসিতনা অর্জুনবু পেলহনবা ঙমজৈ। চিংনমঙাই লৈতনা মহাবু মওঙ মথল মথা অধ্যায়দা উৎপা ঙম্নবা পরাশক্তি ভগবান্গী লৈরম্মী, অদুবু ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তশিংনদি মাগী ময়ুম ত্রিপাদবিভূতি হায়বদি ভগবান্গী রাজ্যদা মতম পুম্বদা উৎলিবা মূর্ত্তিদুদবু পামজৈ। ভগবান্না মাগী ত্রিপাদ বিভূতি হায়বা রাজ্যদদি থুংমরি-পানবা নৎত্রগা থুং-আন পানবা রূপ অনীসিদমক ওইনা মহাবু উৎচৈ। প্রাকৃত জগত্তা উৎলিবা বিশ্বরূপ অদুদি থুং-খোঙ য়াম্না থীঙমদবমখৈ লৈ। ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংনদি মশাক্কী বৈকুণ্ঠগী রূপ হায়বদি নারায়ণগী নৎত্রগা কৃষ্ণ রূপ অদুদা মহাকপু লাৎচৈ। কন্নি কন্নিগুম্বা মতমদা বৈকুণ্ঠগী রূপ অদুমক প্রাকৃত জগত্তসু লৈ শ্রীরাম, শ্রীকৃষ্ণ শ্রীনরসিংহনা চিংবা ওইনা মাগী কৃপাদগী। মরমদুনা শুদ্ধ ভক্তশিংনসু মখোয়বু পূজা তৌয়ি। প্রাকৃত জগত্তা উৎলিবা রূপশিংদি মহৌশানা বৈকুণ্ঠ লোকশিংদা লৈত্তে, মরমদুনা মখোয়দুবু শুদ্ধভক্তশিংনা য়াদে। শুদ্ধ-ভক্তশিং হেক হৌবদগী ইডাৎচরকপা রূপ-তি বৈকুণ্ঠ-লোকশিংদা লৈবা ভগবৎ-রূপশিংদুনি। ভক্ত-নত্তবা নির্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্গী প্রাকৃত রূপ শাগৎলী অদুগা মমৈথংদনা ভগবান্গী শক্লাই-দবা ব্রহ্মজ্যোতিদা তিল্লী, অদুগা ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংনা হৌংকপা মতমদসু অদুগা মুক্তি যংলবা মতাংদসু ভগবান্গী পূজারি নিত্য ওইনা লৈ। শুদ্ধভক্তশিংদি ইডাৎ-পূজা তৌবা লেপ্পে নির্বিশেষ-বাদীশিংগী উপাসনাদি মুক্তি হেক যংবগা লেপ্পী—হায়বদি ব্রহ্মজ্যোতিদা হেক তিনখিবগা। ব্রহ্ম-জ্যোতি হায়বসিদি ভগবান্গী শক্লাইদবা ফীঙক্নি। মরম্বসিনা ভগবানগী শুদ্ধভক্তশিংবু মথমসিদা বিপশ্চিত নি হায়বদি ভগবান্বু মপুঙ ফাবা খঙবা মীনি হায়রবনি।

শ্লোক ৩৬

**স বাচ্যবাচকতয়া ভগবান্ ব্রহ্মরূপধৃক্ ।**
**নামরূপক্রিয়া ধত্তে সকর্ম্মাকর্ম্মকঃ পরঃ ॥ ৩৬ ॥**

সঃ- মহাক; বাচ্য —মহাক্কী রূপশিংনা অমসুং থবকশিংনা; বাচকতয়া- মহাক্কী চিন্ময় গুণা অমসুং পার্ষদশিংনা; ভগবান্ —ভগবান্না; ব্রহ্মরূপধৃক্—ব্রহ্মাগী শক লৌবা; নাম— মিং; রূপ— শক; ক্রিয়া —থবক; ধত্তে—লৌয়ি; সকর্ম্ম —থবক তৌবা; অকর্ম্মকঃ —থবক তৌদবা; পরঃ—অথোইবা পুরষ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ পরমেশ্বর অহুনা প্রাকৃত ওইবা থবক তৌদবা ওইদুনসু ব্রহ্মাগী মশক লৌদুনা থবক তৌবা ওইমা বাচ্যগী শকফমদা (দেব-তীনকাঙ-মীওইবনচিংবা) মথল মথাগী মিং অমসুং মিং-মিংদুগী তৌফম-খোকপা থবক পুথোক্লুনা (সৃষ্টি তৌদুনা) লৈ।

নৈনরোল

প্রাকৃত সৃষ্টি তৌদবা য়াদ্রবা মতম মতমদুদা পরমেশ্বর ভগবান্না প্রাকৃত জগৎতা সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় তৌনবগীদমক রূপ মথল কয়া লৌই। ঐখোয়না মহাক্কী থবকশিংদো তশেংনা খঙবা ঙম্নবা বুদ্ধি চেন্‌গদবনি, অদুনা প্রকৃতিনা শেম্না রূপ (শক্তম) অমা লৌরগা অবতার তৌরকপনি লৌদনবা বুদ্ধিদু চেম্নগদবনি। প্রকৃতিদগী লৌবা রূপ অমনা প্রাকৃত জগত্তা তৌবা থবক থুদিঙমকপু মুংশি। প্রাকৃত ওইবা থবক তৌনবগীদমক প্রাকৃত রূপ লৌবা মায়াবদ্ধ জীবদি প্রকৃতিগী নিয়মগী মথা পোল্লী। অদুবু শ্লোকসিদা শেংনা হায়রিবদি অসিনি মহাদি ভগবানগী শক্তমশিং অমসুং লীলা-শিংদু মায়াবদ্ধ জীবশিংগা মান্নবোই তৌরবসু ভগবান্‌গীমা প্রাকৃত-নত্তবনি অদুগা থবকশিংদুসু জাগ্রনা তৌবা ঙমদবা জাৎ ঙাক্লি। পরমেশ্বর ভগবান মহাক্কি অসিগুম্বা থবকশিংনা শোকপা শবঙম ঙমদে। ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায়রি (৪/১৪) :—

**ন মাং কর্ম্মাণি লিম্পন্তি ন মে কর্ম্মফলে স্পৃহা**
**ইতি মাং যোঽভিজানাতি কর্ম্মভির্ন স বধ্যতে।**

ভগবান্দি মহাক্না অবতার তৌবা থুদিঙদা থবকশিংনা বন্ধন তৌদে অদুগা কর্ম্ম ফলগী অপাম্বা হায়বদুসু মাগী লৈতে। ভগবান্দি মরল মথল হায়বদি লন, পাঙ্গল, মিংচৎ, শক ফজবা, জ্ঞান, অমসুং থাদোকপা হায়বশিংসিনা মপুঙ ফাবা ওইবনি, অদুনা জীবশিংগী মতৌগুম্না থবক নোম্নঙাই মরম লৈতে। মরমসিনা ভগবান্‌গী প্রাকৃত-নত্তবা থবকশিংগা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী পন্ক্লা খেন্নবা থঙবা মীশিংবুসু কর্ম্মনা বন্ধন তৌবা ঙমদে। ভগবান্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ওইনা প্রাকৃত গুণ অহুম্বু শেম্নরি। বিষ্ণুদগী ব্রহ্মা পোকপনি, ব্রহ্মাদগী শিব পোকপনি। করি করিগুম্বা মতমদা ব্রহ্মাদি বিষ্ণুদগী থাইদোক্লকপা অংশ অমা ওই অদুগা করিগুম্বা মতমদনা ব্রহ্মাদু বিষ্ণু মচামক ওই। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা জীব মথল মথা শেম্মী; মসিগী অর্থদি অসিনি মহুদি ভগবান্ মচামক্লা নংত্রগা মাগী প্রকৃতিনিধি ময়াম পুথোক্লুনা জগৎসি সৃষ্টি তৌয়ি হায়বনি।

শ্লোক ৩৭—৪০

**প্রজাপতীন্ মনূন্ দেবানৃষীন্ পিতৃগণান্ পৃথক্ ।**
**সিদ্ধচারণগন্ধর্ব্বান্ বিদ্যাধ্রাইসুরগুহ্যকান্ ॥ ৩৭ ॥**

কিন্নরাপ্সরসো নাগান্ সার্পান্ কিম্পুরুষান্ নরান্ ।
মাতৃরক্ষপিশাচাংশ্চ প্রেতভূতবিনায়কান্ ॥ ৩৮ ॥
কুষ্মাণ্ডোন্মাদবেতালান্ যাতুধানান্ গ্রহানপি ।
মৃগান্খগান্ পশূন্ বৃক্ষান্ গিরীন্ নৃপসরীসৃপান্ ॥ ৩৯
দ্বিবিধাশ্চতুর্বিধা যেঽন্যে জলস্থলনভৌকসঃ ।
কুশলাকুশলা মিশ্রাঃ কর্ম্মণাং গতয়স্ত্বিমাঃ ॥৪০॥

প্রজাপতীন্ -ব্রহ্মা অমসুং দক্ষনচিংবা মচাশিং; মনূন্- বৈবস্বতগুম্না মনু ১৪, দেবান্—চন্দ্র, ইন্দ্র অমদি বরুণনচিংবা দেবশিং, ঋষীন—ভৃগু অমসুং বশিষ্ঠনচিংবা ঋষিশিং; পিতৃগণান- পিতৃলোকশিংদা লৈবশিং; পৃথক—তোঙান্-তোঙান্না; সিদ্ধ—সিদ্ধলোকশিং; চারণ- চারণ-লোক বাসীশিং; গন্ধর্বান গন্ধর্ব লোক তা লৈবশিং; বিদ্যাধ্র—বিদ্যাধর-লোক-বাসীশিং; অসুর - নাস্তিকশিং, গুহ্যকান্—যক্ষ-লোক-বাসীশিং; কিন্নর—কিন্নরলোকবাসীশিং; অপ্সরসঃ—অপ্সরালোক অদুদা লৈবীশিং, নাগান্—নাগলোক তা লৈবা লিরজাওশি ; সর্পান্—সর্পলোক-তা লৈবা অপীকপা লিলশিং; কিম্পুরুষান্— কিম্পুরুষ লোকতা লৈবা য়োংমানবশিং, নরান্—মীওইবশিং; মাতৃ— মাতৃলোকদা লৈবশিং, রক্ষঃ— হিংচাবশিং, পিশাচান—পিশাচ লাক-তা লৈবশিং; চ—অমসুং; প্রেত—প্রেতলোকবাসীশিং; ভূত—ভূতশিং; বিনায়কান — যবৎনা তোগনবা ভূত জাৎ; কুষ্মাণ্ড—শৎ-শৎ নাপ্তোক্নবা পোং নত্রগা জীব; উন্মাদ -অঙাওবশিং; বেতালান্ --লাই ফগুবা জাৎ; যাতুধানান্—ফত্তবা ভূত মখল অমা; গ্রহান্—অফবা-যত্তবা গ্রহশিং, অপি—সু, খগান -উচেকশিং, মৃগান্ উমংগী শাশিং, পশূন্—যুমশা, বৃক্ষান—উপাম্বীশিং; গিরীন—চীঙশাংশিং; নৃপ- ইনিংথৌ; সরীসৃপান্ - পূক্না শীৎপশিং, দ্বিবিধাঃ— অচৎ-চত্তা মখল অনী; চতুঃবিধা -গর্ভদগী পোকপা, মরুমদগী পোকপা; হুমাংদগী পোকপা, অমসুং মরুদগী পোকপা মখল মরি; যে—অতৈশিং, অন্যে—অতোপ্পা ময়াম, জল ঈশীং; স্থল—লৈকঙ; নভ-ওকসঃ--উচেকশিং; কুশল—সু ঙাইবা; অকুশল—অবাবা; মিশ্রাঃ—অবা নুংঙাই-য়ান্নবা; কর্ম্মণাম্-- তৌখিবা থবকশিংগী মতুঙ ইন্না; গতয়ঃ—ফল ওইনা; তু--অদুবু; ইমাঃ--মখোয পুম্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ। জীব পুম্নমকপু মখোয় মখোয়গী তৌজমল ওইনা ভগবান্না সৃষ্টি তৌরিবসি ব্রহ্মা অমসুং মাগী মচানুপা দক্ষনচিংববু, মন্বন্তর অমমমগী মকোক বৈবস্বতনচিংবা মনুশিংসু, ইন্দ্র, চন্দ্র বরুণনচিংবা দেবতাশিংবুসু, ভৃগু, ব্যাস অমসুং বশিষ্ঠনচিংবা মহর্ষিশিংসু, পিতৃলোকতা লৈবা ইপা-ইপুশিংবুসু, সিদ্ধলোকবাসীশিংসু, চারণশিং, গন্ধর্ববশিং, বিদ্যাধরশিং, অসুরশিং, যক্ষশিং, কিন্নরশিং অমসুং অপ্সরাশিং, নাগশিং, য়োংমান্‌বা কিম্পুরুষশিং, মীওইবশিং, মাতৃলোকবাসীশিং, হিংচাবশিং, পিশাচশিং, ভূত প্রেত বিনায়কশিং অঙাওবশিং, বেতালশিং, উমংগী শাশিং, উচেকশিং, যুমশাশিং, পূক্না শীৎলগা চৎপা জীবশিং, চীঙশাংশিং, অচৎ-চত্তা জীবশিং, গর্ভপুবগা পোকপা, মরুমদগী পোকপা, হুমাংদগী পোকপা, মরুদগী পোকপা জীবশিং অমসুং অতৈ পুম্নমক হায়বদি ঈশীংদা লৈবা, কংফান্দা লৈবা নত্রগা অতিয়াদা নুংঙাইনা নত্রগা য়ানা নংত্রগা অবা নুংঙাই অনী তুনা লৈবা জীবশিং—পুম্নমক য়াওরবনি। মখোয় লোইনমকপু নহালমক্কী মপোক্তা তৌজরকপগী ফল ওইনা পরমেশ্বর ভগবান্না সৃষ্টি তৌবনি।

নৈমরোল

শীঙথারোলসিদা জীব মখল পুম্নমক য়াওরবনি, অদুগা করিমত্তা থাক্তবমথৈ খ্বায়দগী রাংবা লোক অদুদগী খ্বায়দগী নেম্বা লোক-তা লৈরিবা জীব মখল পুম্নমক শক্তি পুম্নমক্কী মপু ভগবান বিষ্ণুনা সৃষ্টি তৌবনি। মরমসিনা মখোয় কনামতনা পরমেশ্বর ভগবান্দগী তোঙান্না মর্নাঙ তম্না লৈবা ঙমদে। মরমদুনা ভগবদ্গীতাদা য়াওরি (১৪ / ৪) ভগবান্ মচামক্না হায়রি—জীব পুম্নমক মহাক্কী থারানালানি; রাকমসি মথাগী শ্লোকসিদা য়াওরি—

**সর্ব্বযোনিষু কৌন্তেয় মূর্ত্তয়ঃ সম্ভবন্তি যাঃ।**
**তাসাং ব্রহ্ম মহদ্ যোনির্ অহং বীজপ্রদঃ পিতা।**

প্রকৃতিবু অপোকপী মা হায়বদুগা চাংদম্নরি। জীব খুদিঙমক মমাগী দেহদগী থোরকপা ওইনা উরবসু মমাদুনা অসিগুম্বা মপোক্কী পরম কারণ নত্তে হায়বসিসু অওইবা অমনি। মপানা পোকপগী পরম কারণ হায়বদুনি। মপাগী বীর্য্য (মক্ব) য়াওদনদি কনাগুম্বী মমা অমতনা মচা পোকপা ঙমদে। মরমসিনা মওঙ মখল মথাগী জীব ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা লৈরিবা পুম্নমক পুঙঙমঙম্বা ভগবান খ্বায় পুংগী মপা ওইবা মহাক্কী বীর্য্যদগী পোকপনি। অদুনা থঙদবা মীশিংতগী মকমদা জীংশিংসে প্রকৃতিদগী পোকপনি হায়না হায়রিবনি। পরমেশ্বর ভগবান্গী বহিরঙ্গা শক্তিগী মথা পোনবা মরম্না ব্রহ্মাদগী হৌরগা পীক্লবা কক্চেঙনচিংবা জীব পুম্নমক মখোয় মখোয়গী নহান্নক্কী মপোকশিংদা তৌরকপা থবক্কী তৌ-ঙমল ওইনা মওঙ তোঙান-তোঙান্বদা পোকপনি।

প্রকৃতিসি ভগবান শক্তি ময়াম মরক্তা য়াওবা অমনি (ভগবদ্গীতা ৭/৫)। জড় প্রকৃতিসি জীবশিংগা চাঙদম্নবদা হৃম্নবা কাংলি। ভগবান্গী পরা প্রকৃতি অমসুং অপবা প্রকৃতি অনীসিনা ব্রহ্মাণ্ডগী থবক মরম পুম্নমক থোকহনবনি।

জীব খরনা পুন্সিগী ফীভম হেন্না ফবদা অতৈগা য়েংনরগদি নুংঙাইনা লৈ, অতৈ খরনা রানা পুন্সি লেল্লী। অদুবু থাঙৈমক শেংনা হায়রগদি মায়াবন্ধ পুন্সিদা কনামত্তা তশেংনা নুংঙাইতে। প্রথমশ্রেণীগী বন্দী ওইগে ওইয়ু নৎত্রগা তৃতীয়শ্রেণী বন্দী ওইগে ওইসনু বন্দী কনামতগী পুন্সিদি নুংঙাইবা নত্তে। জ্ঞান তাবা মী কনানসু তৃতীয়শ্রেণীগী বন্দীগী পুন্সিদগী প্রথমশ্রেণীগী বন্দীগী পুন্সিদা পুখৎহন্নবা হোৎ-নৌই, কৈশুম-শঙদগী পুঙথা থাদোকহন্নবদি হোৎনকম থোকয়ি। কনাগুম্বনু প্রথমশ্রেণীগী বন্দী ওইনা থাঙ্গৎপা য়াই, প্রথমশ্রেণীগী বন্দীদুমকপু অমূক তৃতীয়শ্রেণীগী বন্দী ওইনা থংনবা মিয়াৎতা হৃহ্হল্লকপা য়াই। অদুনা ঐখোয়না বন্দীগী পুন্সীদগী মুক্তি ফংদুনা পরমেশ্বর ভগবানগী নাক মরানয়াইদা হন্নবা হোৎনগদবনি। জীব মখল পুম্নমক্কী অওইবা পম্বঙদি মদুনি।

শ্লোক ৪১

**সত্ত্বং রজস্তম ইতি ত্রিবৃত্ঃ সুরনৃনারকাঃ।**
**তত্রাপ্যেকৈকশো রাজন্ ভিদ্যন্তে গতয়ন্ত্রিধা।**
**যদৈকৈকতরোঽন্যাভ্যাং স্বভাব উপহন্যতে॥ ৪১॥**

সত্ত্বঃ—অফবা হায়বা গুণ; রজঃ—অপাম্বা হায়বা গুণ; তমঃ—অমম্বা; ইতি—অসুম্না; ত্রিস্রঃ—অহুমসি; সুর—দেবতা; নৃ—মীওইবা; নারকাঃ—নরক-তান্নিবশিং; তত্র অপি—অদুদফাওবা; একৈকশঃ—অতোপ্পা; রাজন্—হে ইনিঙথৌ; ভিদ্যন্তে—থায়দোকয়ি; গতয়ঃ—শাজংশিং; ত্রিধা—মথল অহুম থোক্লা; যদা—মতমদুদা; একৈকতরঃ—অমগা অমগা মন্নী লৈনন্নিবা; স্বভাব—মহৌশা; উপহনাতে—থোরকয়ি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রকৃতিগী সত্ত্বরজঃ তমঃ হায়বা তোঙান্-তোঙান্বা গুণগী মতুংইন্না খেন্ন-খেন্নবা জীব তোঙান-তোঙান্বা লৈ। মখোয়দুদি স্বরনে, মীওইবনে, নরক-তাগদবা মীতানে অসিনি। হে ইনিংথৌ, প্রাকৃত গুণ অমবু অনীহুগা তিনবগা অহুম থোক্লা থায়দোকয়ি। মতৌ অসুম্না জীব মথল খুদিংবু গুণ অতৈনা নমপৈ, অদুম্না তোঙগা জীবদুনা মহাক্কী স্বভাবসু (শাজংসু) যংজে।

## নৈনরোল

জীব অমমসু প্রাকৃত গুণ থোইদোকপা অমনা হোইদুনা পুই, অদুবু মতম অমতদা অতোপ্পা গুণ অনীদুনা মখোয়বু নমহংনবগী তাঞ্জাসু লাকপা য়াই। অয়াম্বা মতাঙদা, মায়াবদ্ধশিংনা প্রাকৃত ওইবা থবক তৌবদা রজঃ গুণগী মথা পোল্লী মরমদি মখোয় খুদিঙমক মরম্নাই ওইবা অপাম্বা ফংননবগীদমক প্রকৃতিবু খুদুম চন্গদবগী হোৎনন্নিবনি। মরম্নাইগী ওইবা রজঃ গুণ চেন্ন-চেন্নমক সঙ্গগী ফল মতুং ইন্না গুণ অতৈনসু চঙলক্তুনা লাকথুনবগী তাঞ্জা মতম পুম্বদা লৈতবা নত্তে। সঙ্গ ফন্নগদি মহাক সত্ত্ব গুণ চেনখৎলকপা য়াই, সঙ্গ ফংত্রগদি মহাক তমঃ গুণ চেনখৎকদবপা য়াই। করিগুম্বা গুণ অমতনা হোংবা যাদবা নত্তে। কনাগুম্বগী স্বভাব তদু সঙ্গ যবা যত্তবগী মতুং ইন্না হোংদোকপা য়াই, অদুনা মীওইবনা অফ-ফত্তা খঙবা ঙম্নবা বুদ্ধি চেনগদবনি। খ্বায়দগী ফবা সঙ্গদি ভগবৎ-ভক্তবু সেবা তৌবনি। সঙ্গ অদুনা মী অমনা ভগবৎ-ভক্তগী কৃপাদগী খ্বায়দগী হেন্না মতীক চাবা অমা ওইবা যাই। ঐখোয়না শ্রীলনারদ মুনিগী পুন্সীদা উখ্রে মদুদি মহাক বিশুদ্ধ ভগবৎ-ভক্তশিংগা তিন্নবদগী মদুতনা মরম ওইদুনা মহাক ভক্ত মকোক ওইখি। মহাক পোক্লকপদা মীনাই-নুপীগী মচা ওহন্সী, মপাগী মশক খঙখিদে, লাইবিক-লাইশুমসু তমখিদে। ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবতনা অদুগা ভক্তশিংগী লুকৃখাক চাবতনা ভক্তশিংগী পারমার্থিক গুণশিংদো চেনখৎলকখি। অসিগুম্বা সঙ্গনা ভগবানগী পারমার্থিক ওইবা যশোকীর্ত্তিশিংদু শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌবগী মহাও হৃংবগী মরুওইবা থবক মাগী ওইখৎলকখি। ভগবান্গী যশোকীর্ত্তিদি ভগবান্গা খেন্নদবনিনা মহাক নাম শোন্নবতনা ভগবান্গা হুকথেংনখি। মতৌ অদুগুম্না অজামিলগী পুন্সীদুনি (৬-শুবা স্কন্ধ); মহাক ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপানি, লাইরীকসু হৈরম্মী অদুগা ব্রাহ্মণগী থবক তৌবদসু চপচানা তমদুনা লৈরিবনি, অদুবু অসুম ওইনমক মহাক্না লমশানুবী অমা শম্নরুবদগী চণ্ডাল অমা ওইবগী লম্বীদা হায়বদি মীওইবা মপোক্কী তোলেন্-তোন্বা পুন্সীদা, তাখি। মরমসিনা মুক্তিগী লম্বেলগী থোঙ্গাল হাংগে হায়রবদি মহৎকা হায়বদি মহাত্মা অমগা সঙ্গ তৌগদবনি হায়না ভাগবতম্না তাক্লি। প্রাকৃত জগৎপু জয় তৌগে হায়রিবা মীতাশিংগা সঙ্গ তৌবদি নরক-কোমগী মন্নেন মথা শরক্কা চঙবনি। ঐখোয় মহাত্মাশিংগা সঙ্গ তৌদুনা ইছা ইছাবু অকারমদা পুখৎনবা হোৎনগদবনি। পুন্সীনা অপুঙ ফাননবগী লম্বীদি অদুনি।

শ্লোক ৪২

**স এবেদং জগদ্ধাতা ভগবান্ ধর্মরূপধৃক্ ।**
**পুষ্ণাতি স্থাপয়ন্ বিশ্বং তির্যঙ্‌নরসুরাদিভিঃ ॥ ৪২ ॥**

সঃ—মহাক; এব—লেপ্পমক; ইদম্—মসি; জগৎ-ধাতা—জগৎ-শেল্লবা; ভগবান্—ভগবান্; ধর্ম-রূপধৃক্—ধর্মগী মশক লোবা; পুষ্ণাতি—য়োকয়ি; স্থাপয়ন্—খিল্লগা; বিশ্বং—জগৎপু; তির্যক্—মীওইবদগী তোঙ্গবা জীবশিং; নর—মীওইবশিং; সুর-আদিভিঃ—দেবশিংগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ মহাক্না বিশ্বজগৎতা লৈবা পুম্নমক্কী অয়োকপা ওইনা সৃষ্টি তৌরবা মতুংদা অবতার মখল কয়াদা নোংশুম্নকাখ; মতৌ অমুম্না মহাক্না মীওইবক্তা য়াওবা মায়াবদ্ধ আত্মাশিংবু উদ্ধার তৌই; হায়রিবা জীবাত্মাশিংথুদি মীওইবা, মীওইবা নত্রবা অমসুং দেবতাশিংনি ।

মৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্না তোঙান তোঙানবা জীবশিংগী সংজদা মখোয়বু মায়াগী থুঙ্গী উদ্ধার তৌবিগে হায়দুনা অবতার তৌই; মসিগুম্না থবক্তে মীওইবগী মরক্তদা নত্তে। মহাক্না অবতার তৌবদি ঙা ওইনা, ওক ওইনা; ঊ-পাম্বী অমসুং অতৈ অতৈ কয়াগী মওঙ ওইনসু অবতার তৌই। থঙদবা মীশিংনা মাবু শেংনা থঙদবদগী ঊপীৎ-থওইদন। মীনি হায়না করেম কথায়নৈ। মরমদুনা ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা (৯/১১) হায়ঃ—

**অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনুম্ আশ্রিতম্।**
**পরং ভাবম্ অজানন্তো মম ভূতমহেশ্বরম্ ॥**

ঐখোয়না মমাঙগী শ্লোকশিংদা নৈনশিবা মতুংইন্না লৌখিবা সিদ্ধান্তদি অসিনি মদুদি ভগবান্দি প্রাকৃত সৃষ্টিগী পোখোক নত্তে। মহাক্কী পরম ওইবা ভাব অদুদি মতম পুম্নদা হাদব খৈ অদুম লৈ। মহাক্তি সচ্চিদানন্দবিগ্রহনি অদুগা মহাক্না মাগী ইচ্ছাদু মাগী মখল মখাগী শক্তি শীজিন্নদুনা পাঙথোকই; মরম অদুনা মহাক কদোইভেদসু মাগী থবক্কী ফল ওইনা থোকপা পোখোক নত্তে। মহাক অশিগুম্বা থবক্কী কন্মাকলগী মাংমদনি। মহাকপু প্রাকৃত জগৎতা উবা ফংলবসু উংলিবদো অন্তরঙ্গা শক্তিগী ভাক্তি, মরমদি প্রাকৃত জগৎকী অফ-ফত্তা ভাবকী মাংমদনি। প্রাকৃত জগত্তা ঙা অমদি কে-সি মীওইবদগী হুগবা জীবনি হায়না লৌনৈ; মহাক্তি প্রাকৃত ওইবা অদুগুম্বা অমতা নত্তে মানা নোংশুম্নকপা মতমদা মহাক ঙা নৎত্রগা ওক ওইবা মাল্লবসু; মহাক্কী মমল-য়াওদবা কৃপাদগী মহাক্না সমাজ থুদিংমক্তা নৎত্রগা করিগুম্বা থবাই-পানবা থুদিংদা অবতার তৌই, অদুবু মখোয়দুগুম্না অমনি হায়না মাবু খল্লগদবা নত্তে। প্রাকৃত জগৎনা থম্নরিবা ফৈ-ফত্তে মাংভী নেম্মী, মরু ওই-ওইদে হায়বনচিংবা ভাবশিংদি প্রাকৃত শক্তিগী মা ভাক্তনি; অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্দি হায়রিবা ভাংশিংগী মাংমদনি। 'পরং ভাবম্' হায়বদি এ কৃত-নত্তবা ভাবসি প্রাকৃত-ওইবা ভাবকা থক চাংদম্নবা মতম পুম্নদা য়ারোই। ভগবান্গী শক্তিশিংদি মতম পুম্নদা চপ মান্নবা লৈ হায়বসি অদুগা ভগবান্না হুগবা থাক্কী ওইবা জীব ওইনা অবতার তৌবা মতমদসু মহাক্কী শক্তিদুগী ময়েং ভাদে হায়বসি ঐখোয়না থক কাউরে'ই-দোকনি। ভগবান শ্রীরাম, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমদি ঙা 'অমসুং ওক ওইবা অবতারশিংগগী মরক্তা খেন্নবা করিমতা লৈতে। মহাক্তি মফম পুম্বা শীনথুংনা লৈবনি অদুগা মতম অমতদা মফম থুদিংমক্তা অদুম লৈবক্লি। অদুবু মূঢ়শিংনা ভগবান্গী 'পরং ভাবম্' অদু থঙদবদগী ভগবান্না মতৌ করম্না মীগী নৎত্রগা ভাগী মূর্তি লৌবা ওম্মী হায়বসে খঙবা ঙমদে। পোৎকী চাংদম্ তৌবদি মা-মাগী বুদ্ধিগী মতুং ইন্না তৌবনি; মদুদি কুহামুংদা লৈবা হঙোইনা সমুদ্রবু কুহানি হায়না খল্লী। কুহাগী

হণ্ডোইনা সমুদ্র করম তৌগ্নি হায়বগী মাখল ফাওবা খনবা নত্তে; মসিগুম্না হণ্ডোইহুদা সমুদ্রগী পাক-চাউবগী মা খঙহন্‌বা মতমদা সমুদ্র হায়বদো কুহাদগী থরদি মচাউবোইরে হায়বসিতমক থল্লী। মতৌ অসুম্ন, ভগবান্‌গী প্রাকৃত নত্তবা-তত্ত্ব-খঙদবা মীতানা ভগবান্ বিষ্ণুনা জীবশিংগী সমাজ খুদিংমক্তা চপমান্ননা মহাবু উৎপা ঙম্মী হায়বসে খঙবা ঙমদে।

শ্লোক ৪৩

**ততঃ কালাগ্নিরুদ্রাত্মা যৎ সৃষ্টমিদমাত্মনঃ।**
**সংনিযচ্ছতিতৎ কালে ঘনানীকমিবানিলঃ ॥ ৪৩ ॥**

ততঃ — অদুগী মতুংদা; কাল — সংহার; অগ্নি — মৈ; রুদ্র আত্মা — রুদ্রগী মূর্তিদা; যৎ — অমা হেক্তা; সৃষ্টম্ — শেম্লবা; ইদম্ — মখোয়সি; আত্মনঃ — মহামক্কী; সম্ — মপুঙ ফানা; নিযচ্ছতি — প্রলয় তৌগ্নি (লোইশল্লী); তৎকালে — কল্প অমা লোইবদা; ঘন-অনীকম্ — নোংমপৈ; ইব — গুম্না; অনিলঃ — নুংশিৎনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী কল্প লোইরকপদা ভগবান্না রুদ্র, মাঙ-তাকহনবা অমা, ওইরগা সৃষ্টি পুম্বা সংহার (প্রলয়, লোইশনবা) তৌগনি মহুদি নুংশীৎনা নোংজাও মতুম হাইদোকপগুম্না।

নৈনরোল

সৃষ্টিবু অমঙবা নোংগা চাংদম্নবসে চপচাবা চাংদম অমনি। নোংবু সৃষ্টি তৌবদি হায়বদি লৈহনর্বাদ আকাশতনি। মখোয়বু তাম্বোকপা মতমদা আকাশ অদুমক্তদা মশক্তি উহন্দবমথৈ অদুম লৈ। মতৌ অদুগুম্না সৃষ্টি পুম্বা ভগবান্না মাগী ব্রহ্মা-মূর্তি তৌরগা মহুবু বিষ্ণুগী মূর্তিদা মহাক্না ঙাকশেল্লি, অদুগা মহুবু মহাক্না রুদ্রগী হায়বদি শিবগী মূর্তিদা লৌদুনা মতম ওইরবদা সংহার তৌগি। সৃষ্টি স্থিতি, প্রলয় হায়বসি ভগবদ্গীতাদা (৮/১৯-২০) মখাগী সুম্না যজনা ব্যাখ্যা তৌগি:—

**ভূতগ্রামঃ স এবায়ং ভূত্বা ভূত্বা প্রলীয়তে**
**রাত্র্যাগমেঽবশঃ পার্থ প্রভবত্যহরাগমে।**
**পরস্তস্মাত্তু ভাবোঽন্যোঽব্যক্তোঽব্যক্তাৎ সনাতনঃ**
**যঃ স সর্ব্বেষু ভূতেষু নশ্যৎসু ন বিনশ্যতি ॥**

প্রাকৃত জগৎকী মতৌদি অসুম তৌগি মহুদি মসিবু অহানবা য়াম্না যজনা সৃষ্টি তৌগি, অদুদগী হোম হোম চাউখৎলকয়ি অদুগা চহী য়াম্না লৈথৈ (চহী মশীঙদু খ্বায়দগী গণিতইবা মীন-ফাওবা শীঙলাবপা ঙম্বা নত্তে), অদুবু অদুম্না লৈরবগী তুংদা ব্রহ্মাগী অহিংগী মনুংদা সৃষ্টিসি তুম্মী (প্রলয় তৌগি), প্রলয়দুবু কনামতনা থিংবা ঙমদে। ব্রহ্মাগী অহিং লোয়রগা সৃষ্টি অসি থোরকয়ি, অদুম্না তৌবনা স্থিতি অমসুং প্রলয় লাকপগী নিয়মদু কায়দবমথৈ চৎথৈ। অপঙবা মায়ালাংদা থুরবা অদুগা অনিত্য সংসারসিবু নিত্যনি হায়না লৌবা জীবনা তৌগদবদি করিগীদমক সৃষ্টি অমসুং প্রলয় তৌবিবনে হায়বদু জ্ঞান তানা থিজনবা চুম্মী। প্রাকৃত জগৎকী সকাম কর্ম্মীশিংনা অচৌ অচৌবা থবক পনজাউশিং লিংখৎপদা, য়ুমজাও শাবদা, সাম্রাজ্য অচৌবা লিংখৎপদা, পোৎ-শাবগী অচৌবা শঙ লিংখৎপদা অদুগা ভগবান্‌গী প্রতিনিধি প্রকৃতিনা হুল্লিবা মচাক মথুম্না পোৎ চাউর চাউরবা শাবগী থবক্তা থরাই য়াম্না য়াওনরি। প্রকৃতিদগী থোরকপা পোৎলমশিংসিনা অমসুং মঙ্গল-য়াম্নবা শক্তি শীজিন্নদুনা মায়াবদ্ধ জীবনা পোৎ শাই, মাগী মচিং-মশোনবু পেলহল্লী, অদুবু মানা শারিবা পোৎশিংদুবু থাদোক্লুনা মহাক্তি চৎনিঙদ-চৎনিঙদনা চৎথিগদৌবনি অদুগা পোৎ-চৈ

শাবগী থবক হন্না হন্না তৌননবা হায়দুনা মপোক অমদা পোকদৌরিবনি। অনিত্য সংসারসিদা শক্তি মাঙহল্লিবা অপঙবা মায়াবদ্ধ জীবশিংদা আশা পীনমবা হায়দুনা ভগবান্না—নিত্য ওইবা, শাবা-লোইবা-নাইদবা প্রকৃতি অমা লৈ হাযবসি—জীবদা পাউতাক পীশিয়ে। অদুগা অসিমদু তাকপীয়ে মদুদি মায়াবদ্ধ জীবনা কবি তৌফম থোকযি অমসুং মহাক্কী মখল য়াম্বা শক্তিদু করম্না শীজিন্নগদগে হাযবদু জীবনা খঙজনগদবনি। মতম লাক্লবদা ভগবানগী ইচ্ছানা মাঙহন্নগদবা মায়াগী পোত্তাদা জীবনা মহাক্কী শক্তি মাঙহনবগী মহুত্তা শক্তিদুবু ভগবানগী প্রেমসেবাদা শীজিন্নবনা হেন্না ফৈ, মতম তৌরগদি মহাক নিত্য ওইবা প্রকৃতিদা চৎপা ঙংগনি; মফমদুদদি পে কপা শিবা লৈতে, সৃষ্টি প্রলয় লৈতে; সৎ-চিৎ-আনন্দগী নিত্যওইবা পুন্সী মহুনা অতৈ অমতা লৈতে। অনিত্য ওইবা পোত্তাদা আসক্ত ওইবা বদ্ধজীবদা তাকপীগে হায়দুনা অনিত্য সংসারদসে শাব শিব তৌরিবনি। সৃষ্টিসিনদু জীবদা মুক্তিগী তানজা অমা সংহন্নবগী হায়দুনা সৃষ্টি-প্রলয়সি তৌরিবনি, সকাম কর্ম্মীশিংগী ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী নত্তে।

শ্লোক ৪৪

**ইথস্তাবেন কথিতো ভগবান্ ভগবত্তমঃ।**
**নেথস্তাবেন হি পরং দ্রষ্টুমর্হন্তি সূরয়ঃ ॥ ৪৪ ॥**

ইথম্ – মতৌ অসুম্না, ভাবেন– সৃষ্টি সংহার; কথিত হাযরম্বী, ভগবান—পরমেশ্বর ভগবান্না, ভগবত্তমঃ—ভগবানগী মপুঙফাবরা মহাক; ন—নত্তে; ইথম—মসিদা, ভাবেন– মতৌসিদা, হি—লেপ্পমক, পরং– অথোইবা, দ্রষ্টুম্ উবা; অর্হন্তি—মতৌ ক চাই, সূরয়ঃ – মহাভক্তশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐশ্বর্য্য তক্তরা ভিলিবা ভগবানবু মতৌ অসিগুম্বনি হায়না হাযবম্মী পরমার্থীশিংনা, তত্ত্ববু তত্ত্বদর্শীশিংনা (শুদ্ধভক্তশিংনা) মহাক। বিশ্বস্রষ্টা নচিংবদা (লৈশঙদা) ওইনা উবদি তৌইদে।

নৈনবোল

ভগবানদি মাগী শক্তি মখল মখাগী প্রাকৃত জগৎসি সৃষ্টি-সংহারকর্তা ওইনদা লৈবা নত্তে। মহাক্তি অঙবা সৃষ্টি সংহারকর্ত্তা অমদগী হেল্লী, মহাক্কীদি আনন্দ (নুংঙাইবা) কৌবা শক্তম ওমা লৈ। ভগবানগী আনন্দ হায়বা স্বরূপসিবু মাগী শুদ্ধভক্তশিংনদা খঙজী, অতৈনদি খঙদে। নির্বিশেষ-বাদীদি ভগবানগী সর্ব্বব্যাপী প্রভাবদুদা খঙলগা পেঞ্জে। মসিবু ব্রহ্ম-উপলব্ধি (ব্রহ্ম খঙবা) কৌয়ি। নির্ব্বিশেষবাদীদগী হেনবদি যোগীনা হেল্লী, যোগীদুগী থম্মোইনুংদা পরমাত্মা হাযনা লৈবা ভগবান অদুবু উই। অদুবু প্রেমসেবা তৌনদুনা ভগবানগী হ্লাদিনী (আনন্দ নুংঙাই-গী) শক্তি অঙদা শরুক যানিন্নবা শুদ্ধভক্তশিং লৈরি। ভগবান্না মাগী মতম পুম্নমক্তা হোৎনাইদবা বৈকুণ্ঠলোক কৌবা ময়ুমদা মাগী পরিকরশিংগা লোয়ননা লৈ অমসুং মহাক্কী শুদ্ধভক্তশিংনা রস মখল মখল তৌবা সেবাদু আস্বাদন তৌই। সৃষ্টিগী মতমদসু ভগবানগী শুদ্ধভক্তশিংনা ভগবৎ-সেবাদা চঙদুনা লৈ অদুগা ভগবদ্ধামদা চঙবা যাননবগীদমক সৃষ্টিদুবু শীজিন্নৈ। ভগবদগীতানা রাযমসিবু দুম্মী হাবনা য়াই। (১৮ / ৫৫)।

**ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান্যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।**
**ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্ ॥**

মক্নবা প্রেমসেবা চাওখৎলকপদা কনাগুম্না ভগবানবু ভগবান্ ওইনা চপ চানা খঙবা ঙমগনি, মতৌ অসুম্না ভগবানগী অওইবা সেবাদা প্রশিক্ষণ যংগনি অদুগা ভগবানগা সাক্ষাৎ লোয়নবগী য়াথং ফংগনি। খ্বায়দগী রাংবা মওঙদা ফংবা ভগবৎ দর্শন হায়বদুদি গোলোক বৃন্দাবন হায়বা লমদমদনি; মফমদুদা ভগবান্ কৃষ্ণনা গোপীশিংগা অমসুং মহাক্কী অচানবা সুরভি কাওরেলশিংগা লোয়নবা নুংঙাইমিন্নে। শ্রীকৃষ্ণগী দিব্যধামসিগী বর্ণনা অমা ব্রহ্মসংহিতাদা পীরি; ব্রহ্মসংহিতা অসি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী মরমদা খ্বায়দগী থাজনঙাই লাইরিক্নি হায়না লৌয়ি।

শ্লোক ৭৫

**নাস্য কর্ম্মণিজন্মাদৌ পরস্যানুবিধিয়তে।**
**কর্ত্তৃত্বপ্রতিযেধার্থং মায়য়ারোপিতং হি তৎ॥ ৪৫ ॥**

ন—নত্তে; অস্য—(সৃষ্টি) অসিগী; কর্ম্মণি—থবক্ত; জন্ম-আদৌ—পোকপ-নচিংবা(সৃষ্টি-প্রলয়); পরস্য—পরমেশ্বর ভগবানগী, অনুবিধিয়তে—বর্ণন তৌরি; কর্ত্তৃত্ব—তৌয়ি হায়বদু; প্রতিযেধার্থং—ককথৎনবা হায়দুনা, মায়য়া—প্রকৃতিনা; আরোপিতং- থঙজনবদু, হি—লেপ্পমক, তৎ—মদু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর মহামক্না চোংথোক্নুনা প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি-প্রলয়গী থবক্সি তৌবা নত্তে। বেদদা পরমেশ্বরনক্না খুৎ থিজিল্লী হায়বদুগী মরমদি প্রকৃতিনা সৃষ্টিকর্ত্তানি হায়বা রায়মসি করুবগী রাতনি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎ শেম্নগী, ঙাকপগী অমসুং লোইশনবগী মরমদা বেদনা হায়বদি অসিনি মদুদিঃ যতোবা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে। যেন জাতানি জীবন্তি যৎ প্রযন্ত্যভিসংবিশন্তি, হায়রিদি পোৎ খুদিঙমক শেম্না শাম্নি, শাম্না মতুংদা পোৎতুবু ব্রহ্মনা ঙাকশেল্লী, অদুগা সংহারগী মতুংদা পোৎ খুদিংবু শক্নদা তুম্জনা লৈ। থোর সংসারীশিংনা ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমদি ভগবানগী রা খঙদবা মরমনা হাপ মহুৎ প্রকৃতিনা প্রাকৃত ওইবা পোৎ পুম্নমক্কী চরম কারম্নি; থৌজিক্কানগী বৈজ্ঞানিকশিংনসু সংসারীশিংগী মত অসি লৌয়ি। মতাসিবু বেদনা য়াদে। বেদান্তদর্শন-না হায়—সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয়গী থোরকফম মকাদ ব্রহ্মনি। বেদান্তদর্শনগী ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায়—"জন্মাদি অস্য যতোঽন্বয়াদ্ ইতরতশ্চ র্থেষ্ব অভিজ্ঞঃ স্বরাট্ নচিংবা"।

জড় জগৎকীসু মনুঙ-মশেল থেংগাইননবা শক্তি চিংননঙাই লৈতনা লৈজে; অদুবু মবম্নাই থবক হৌগংপা হায়বদুদি ঙমদে। মরমদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্না জন্মাদ্যস্য টীকাদা অভিজ্ঞ অমসুং স্বরাট্, হায়বদি পরব্রহ্মদি জড় পদার্থ নত্তে, মহাক্তি অভিজ্ঞনি (পুঙখঙ খঙবনি) অমসুং স্বরাট্নি (মনীঙ-পুঙতম-তম্বনি) হায়রি। মরমসিনা জড় প্রকৃতিনা প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি-স্থিতি-সংহারগী চরম কারণ নত্তে। হাইযেং উবদা প্রকৃতিসে সৃষ্টি-স্থিতি-সংহারগী চরম কারণ ওইনা উনৈ, অদুবু পরমেশ্বর ভগবান্না প্রকৃতিবু সৃষ্টিনচিংবা থবক্তা ইন্‌শনবনি। মহাক্না সৃষ্টি-স্থিতি-সংহারগী মূল কারণনি; বাফমসি ভগবদ্গীতানা য়াদুনা মথাগীসুম্না হায়রি (৯/১০);

**ময়াধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে স চরাচরম্।**
**হেতুনানেন কৌন্তেয় জগদ্বিপরিবর্ত্ততে॥**

প্রকৃতি ভগবানগী শক্তি ময়াম মরক্ত অমনি অমসুং মহাক ভগবানগী য়াথংনা (অধ্যক্ষেণ) থবক তৌবা ঙমনি। ভগবান্না মহাকী দিব্য ওইবা মীৎয়েঙদু প্রকৃতিদা তাবিরবদদা প্রকৃতিনা থবক তৌবা ঙম্মী, মদুদি মপা ওইবা অমনা মমা ওইবদুগা শরুংদদা মমা ওইবীদু গর্ভ পুরগন্নি। মীচম্নদদি

মমানা মচাহুবু পোকপা ওইনা উই, অহুগা অখওবা মীনদি মপানা পোকপনি হায়বহু খঙঙী। মরমসিনা প্রকৃতিনা প্রাকৃত জগৎকী অচৎ-চৎতা পুন্নমক পুথোক্লিবসি পরমপিতা ভগবান্না মঙোন্দা মীৎয়েঙ তাবদগীনি, মরম্নাই ওইনা পুথোকপা নত্তে। প্রকৃতিবু সৃষ্টিস্থিতিনচিংবগী কারণ অহুনি হায়না খন্‌বদি হামেঙগী ঙক্তা খোমজীন্ পাল্লী হায়বগুম্বা ন্যায়হুনি। শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী অজাগলস্তনন্যায় হায়বা ন্যায়সিবু (শ্রীশ্রীমদ্ ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী মহারাজনা তৌবা ব্যাখ্যা-গুম্না) মখাগীসুম্না বর্ণন তৌরি:—

"প্রকৃতিদি প্রাকৃত কারণ ওইবা প্রধান হায়না খঙনৈ অহুগা থবক পাংথোকপা কারণ ওইনা মায়া হায়না খঙনৈ। অহুবু মাদি জড় বস্তুনিনা সৃষ্টিগী অরাপ্পা কারণ নত্তে।" কবিরাজ গোস্বামীনা মখাগীসুম্না হায়:

অতএব কৃষ্ণ মূল-জগত্‌-কারণ
প্রকৃতি—কারণ যৈছে অজা-গল-স্তন॥
(চৈতন্যচরিতামৃত আদি ৫।৬১)

কারণার্ণবশায়ী বিষ্ণুহু কৃষ্ণগী বিলাস বিগ্রহ অমা ওইবা মরম্না মহাক্না প্রবৃত্তিবু বিজুলিনা লেঙহনবগুম লেঙহনবসে। বিজুলিনা লেঙহনবনি হায়বা খুদম অসি চপচাবা খুদমনি। য়োৎ মচেৎ হায়বসে লেপ্পমক মৈ নত্তে, অহুবু য়োৎতুবু ভাঙশঙ ভাঙনা মৈ ইক্লবদা মাগী মৈচাক-ঙপা শক্তিগী মমুঙদা মৈগী গুণহু লৈ। প্রকৃতিবু য়োৎতুগা চাংদম্নরি, ভগবান্‌গী মীৎয়েঙ প্রবৃত্তিদা তাবা হায়বহুদি য়োৎতা বিজুলি থাজনবগুম্বনি। অসিগুম্বা মীৎয়েং বিজুলি থাজনবদগী প্রকৃতিগী শক্তি উংলকপনি মখল মখাগী মওংদা। মরমহুনা জড় প্রকৃতিদি থবক ঙম্বা নত্তে অহুগা জগৎ-সিগী পেরককফম নত্তে। শ্রীকপিলদেবনা হায়রম্মী—

যথোল্মুকাদ্বিস্ফুলিঙ্গাদ্ ধূমাদ্বাপি স্বসম্ভবাৎ
অপ্যাত্মত্বেনাভিমতাদ্ যথাগ্নিঃ পৃথগুল্মুকাৎ
(ভাগবত ৩।২৮।৪০)

হৌরককফম ওইবা মৈ, মাগী মৈরি, মাগী মৈরীকপীশিং, অমসুং মাগী মৈখু লাইনমক পোৎ অমতনি, মরমদি মৈহু অহুম মৈনি অহুবু মৈরিগদি খেন্নৈ. মৈরিগা মৈরীকপীগসু খেন্নৈ, অমসুং মৈরিকপীশিংহু মৈখুগা খেন্নৈ। মখোয় খুদিংমক্তা হায়বদি মৈরিশিংদা, মৈরীকশিংদা অমসুং মৈখুদা মৈ অহুম লৈ, অহুবু মখোয় লোয়নমক ফীভম তোঙান-তোঙান্না অহুগা মকমসু তোঙান-তোঙান্না লৈ। জগৎকী শক্তিসু মৈখুগা চাংদম্নরি মরমদি মৈখুনা অতিয়াদা পাইবা মতমদা মূর্ত্তি মখল মখাগী থোক্নকয়ি, মখোয়হু খঙবসু য়াওয়ি খঙদবসু মানবা য়াওয়ি। মৈরীকশিংহুবুনা জীবশিংগা চাংদম্নরি। মৈরিশিংহুবুনা প্রকৃতিগা (প্রধানগা) চাংদম্নরি। মখোয় খুদিংমক্তা থবক ঙম্বা ওইবদি মূল ওইবা (থোরকফম ওইবা) মৈহুগী মগুনা মখোয়দা শক্তি পীবননি। মরমসিনা মখোয় লোয়নমক, হায়বদি প্রকৃতিনে, জগৎনে অহুগা জীবশিংনে, লোয়নমক ভগবান্‌গী (মৈগী) তোঙান তোঙানবা শক্তি ঙাক্তনি। মরমহুনা প্রকৃতিবু জগৎকী থোরককফম মরুনি (প্রকৃতি সাংখ্যদর্শনগী মতুং ইন্না সৃষ্টিগী কারণী) হায়না লৌরিবা মখোয়হুগী সিদ্ধান্তহু লাল্লী। ভগবান্ য়াওদ্রগদি প্রকৃতিনা তোঙান্না লৈবা ঙমদে। মরমহুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু থোরবফম পুম্বগী থোরককফম্নি হায়দ্রবদি মহু অজা-গল-স্তনন্যায় হায়বহুনি, হায়বদি হামেঙগী ঙক্তা লৈবা খোমজীন্দগী শঙ্গোম শুমগে হোৎনবগুম্বনি। হামেঙ মঙক্ত লৈরিবা খোমজীনশিংদো শঙ্গোম থোরককফম মানবা য়াই, অদুবু মহুদগী শঙ্গোম ফংনবা হোৎনবদি অপঙবগী থবক্নি।

শ্লোক ৪৬

**অয়ং তু ব্রহ্মণঃ কল্পঃ সবিকল্প উদাহৃতঃ।**
**বিধিঃ সাধারণো যত্র সর্গাঃ প্রাকৃতবৈকৃতাঃ ॥ ॥ ৪৬ ॥**

অয়ং—মসি (সৃষ্টি-সংহার তৌবসি); তু—অদুবু, ব্রহ্মণঃ—ব্রহ্মাগী. কল্পঃ—মহাক্কী নোংমা. সবিকল্পঃ—ব্রহ্মাণ্ডশিংসে লৈথোক্লৈগী মতমগা লোয়ননা, উদাহৃতঃ—থদম্লবি. বিধিঃ—নিয়মশিং. সাধারণঃ—শম্পৎনা; যত্র—মফমদুদা; সর্গাঃ—সৃষ্টি, প্রাকৃত—প্রকৃতিগী ওইবা; বৈকৃতাঃ—যেঙ্খোকপা।

লৈতেলোন্দা হন্দোকপা

মফমসিদা শমপৎনা হায়বিবা সৃষ্টি সংহারগী নিয়মগী মাসে ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুংদা থোকপা নিয়মগী ৱানি। মহৎ সৃষ্টিগী মতাংদসু নিয়মসি অদুম চৎলী, মদুদা প্রকৃতিবু চাইথোকই।

লৈনগোল

মহাকল্প, বিকল্প অমসু কল্প কৌবা সৃষ্টিগী মখল অহুম লৈ। মহাকল্পদা ভগবান্না মহৎতত্ত্বগী শক্তিশিংগা, সৃষ্টিগী ওইবা মচাক (উপাদান) গা অমসুং খুংলাইগা লোয়ননা কারণোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা প্রথম পুরুষাবতার তৌই। সৃষ্টি তৌনবা খুংলাই তরামাপোইনি অদুগা পোৎচঙনা মতানি, অদুগা মখোয় লাইননক মহৎ-না হায়বদি প্রাকৃত অহঙ্কার। পুথোকপা পোৎ ডাক্কি। কারণোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা ভগবান্না তৌবা সৃষ্টিশিংসিবু মহাকল্প কৌই। ব্রহ্মাগী সৃষ্টিবু অমসুং প্রাকৃত উপাদান চাইথোকপবু বিকল্প কৌই অদুগা ব্রহ্মানা মহাক্কী নোংমগী মনুংদা তৌবা সৃষ্টিবু কল্প কৌই। মবমচনা ব্রহ্মাগী নুমীৎ খুদিংবু কল্প কৌই, অদুগা ব্রহ্মাগী নোংমগী হিসাবতা কল্প কুল্লা লৈ। বাফমসি ভগবদ্গীতানসু যাই। (৮।১৭)ঃ

**সহস্র যুগপর্য্যন্তম্ অহর্যদ্ ব্রহ্মণো বিদুঃ**
**রাত্রিং যুগসহস্রান্তাং তেঽহোরাত্রবিদো জনাঃ**

অবাংবদা লৈরিবা গ্রহশিংগী নিয়ম মতুংইন্না মখোয়গী ওয়ুক নুমিৎগা অহিংগা শাবা। নামগী মতমগা মালেম-পৃথিবীগী চহী অমগা শাংবা মান্নে। ঋষি হৌখিকালগী বৈজ্ঞানিকশিংনসু নোংথক কোয়না মীশিংনসু য়াবরা ৱানি। মতৌ অদুগুম্না, ওমুক্কা হেন্না বাংনা লৈরিবা গ্রহশিংগী নিয়মদা, অহিং-নুমিৎলগী মতমদু স্বর্গগী গ্রহশিংগীদগী হেন্না শাংডী। স্বর্গগী চংনবীদা যুগ মরি লৈ হাংনা ... মশীংগ থী, মদুম্না তৌবনা স্বর্গগী চৎনবদা লাশীং তরানীথোই চহী লে। মসিবু দিব্যযুগ হায়না কৌই অদুগা দিব্যযুগ লাশীং অমনা ব্রহ্মাগী নোংমনি। ব্রহ্মাগী নোংমদা তৌবা সৃষ্টিবু কল্প কৌই, অদুগা ব্রহ্মাগী সৃষ্টিবু বিকল্প কৌই। মহাবিষ্ণুগী সোর হাননবনা বিকল্পশিং ওইহল্লবা মতমদা মদুবু মহাকল্প কৌই। মহাকল্প, বিকল্প অমসুং কল্পগী নিয়মনাইনা চৎপা থোংচৎ মখোম লৈ। মখোয়শিংসিগী মবমদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংবা ৱাহংগী পাউখুম ওইনা শুকদেব গোস্বামীনা খুমথবা পাউখুম অদু স্কন্দ পুরাণগী প্রভাসখণ্ডদা যাওরি। মখোয়দু মথাদা লাক্লি—

**প্রথমঃ শ্বেতকল্পশ্চ দ্বিতীয়ো নীল-লোহিতঃ**
**বামদেবস্তৃতীয়স্তু ততো গাথান্তরোঽপরঃ।**
**রৌরবঃ পঞ্চমঃ প্রোক্তো ষষ্ঠঃ প্রাণ ইতি স্মৃতঃ**
**সপ্তমোঽথ বৃহৎ কল্পঃ কন্দর্পোঽষ্টম উচ্যতে।**
**সদ্যোঽথ নবমঃ কল্প ঈশানো দশমঃ স্মৃতঃ**
**ধ্যান একাদশঃ প্রোক্তঃ তথা সারস্বতোঽপরঃ।**
**ত্রয়োদশ উদানস্তু গরুড়োঽথ চতুর্দ্দশঃ**
**কৌর্ম্ম পঞ্চাদশো জ্ঞেয়ঃ পৌর্ণমাসী প্রজাপতেঃ।**

শোড়শো নারসিংহস্তু সমাধিস্তু ততোঽপরাঃ
আগ্নেয়ো বিষ্ণুজঃ সৌরঃ সোমকল্পস্ততোঽপরঃ।
দ্বাবিংশো ভাবনঃ প্রোক্তঃ সুপুমান্ ইতি চাপরঃ
বৈকুণ্ঠশ্চার্চিষস্তদ্বৎ বলিকল্পস্ততোঽপরঃ।
সপ্তবিংশোঽথ বৈরাজো গৌরী-কল্পস্তথাপরঃ
মাহেশ্বরস্তথা প্রোক্তাঃ ত্রিপুরো যত্র ঘাতিতঃ
পিতৃকল্পস্তথা চান্তে যঃ কুহূ ব্রহ্মণঃ স্মৃতা।

মরমসিনা ব্রহ্মাগী কল্প কুম্থ্রাশিংদুদি অসিনি—(১) শ্বেত-কল্প; (২) নীললোহিত, (৩) বামদেব, (৪) গাথান্তর, (৫) রৌরব, (৬) প্রাণ, (৭) বৃহৎ (৮) কন্দর্প, (৯) সদ্যোথ (১০) ঈশান, (১১) ধ্যান, (১২) সারস্বত, (১৩) উদান, (১৪) গরুড়, (১৫) কৌর্ম্ম, (১৬) নারসিংহ, (১৭) সমাধি, (১৮) আগ্নেয়, (১৯) বিষ্ণুজ, (২০) সৌর, (২১) সোমকল্প, (২২) ভাবন, (২৩) সুপুমা, (২৪) বৈকুণ্ঠ, (২৫) অর্চ্চিষ, (২৬) বলিকল্প, (২৭) বৈরাজ, (২৮) গৌরীকল্প, (২৯) মাহেশ্বর, (৩০) পিতৃকল্প।

মখোযসি ব্রহ্মাগী নোংমা-নোংমনি, অদুনা মহাক হুমিৎ-থা নাইনা চহী চামা পুন্সিগদবনি, মরমসিনা কল্পশিংগী মমুঙদা সৃষ্টি কয়া য়াম্মী হায়বদু ৱাখল্লা শাগৎপা ঙমগনি। অদুদগী অসক বিকল্পসু লৈরি। বিকল্পশিংসে মহাবিষ্ণুনা স্বোর হোনবদা পোকপনি, ৱাসি ব্রহ্মসংহিতাদা হায়বিবনি (যস্যৈকনিশ্বাসিত-কালম্ অথাবলম্ব্য জীবন্তি লোম-বিলজা জগদণ্ডনাথাঃ)। ব্রহ্মাশিংনা পুন্সিবসি মহাবিষ্ণুগী সোর-হোনবা মতমদুদনি। মরমদুনা বিষ্ণুগী সোর হোন্দোক-হোন্‌জিনশিংদু মহাকল্প ওারি, মখোযশিংসে পরমেশ্বর ভগবানগী মপান্ননি, মরমদি অতোপ্পা কনামতনা সৃষ্টি পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঙমদে।

শ্লোক ৪৭

**পরিমাণং চ কালস্য কল্পলক্ষণবিগ্রহম্।**
**যথা পুরস্তাদ্ব্যাখ্যাস্যে পাদ্মং কল্পমথো শৃণু ॥৪৭॥**

পরিমাণম্—চাংতম্বা; চ—অমসুং, কালস্য- মতমগী, কল্প- ব্রহ্মাগী নোংমা; লক্ষণ- মওৌ; বিগ্রহম—মৃত্তি; যথা—অদুগুম্না, পুরস্তাৎ—অসিগী মতুংদা, ব্যাখ্যাস্যে—ব্যাখ্যা তৌরক্নে; পাদ্মং—পদ্ম কৌবা, কল্পম্—নোংমগী মতম, অথো—অসুম্না, শৃণু—নাকোঙনা তাও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ! মতম চানা ঐহাক মতমগী অপোবা (স্থূল) অমসুং অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) মচাঙ (পরিমাণ) অদুগা কল্পগী লক্ষণগী অমসুং খাযদোকপগী তুংদা (তৃতীয় স্কন্ধদা) শুগায়না হাযগে; হৌজিক্তি পাদ্ম কল্পগী মরমদা শুগায়না হায়গে।

নৈনরোল

হৌজিক লৈরিবা ব্রহ্মাগী কল্পসি বরাহকল্প কৌয়ি, মরমদি ভগবান্না বরাহ (ওক) ওইনা ব্রহ্মাগী সৃষ্টিগী মমুঙদা অবতার তৌখি, ব্রহ্মাসু বিষ্ণুগী খোয়দৌদগী থোকথিবা পদ্মাল-থক্তা পোকপিবনি। মরমদুনা বরাহ কল্পসিবু পাদ্ম-কল্প হায়নসু কৌয়ি; ইহান্-হান্‌বা টিকাকার শ্রীধর স্বামীগী মতুং ইন্না জীব গোস্বামী অমদি বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি ঠাকুর-নচিংবা আচার্য্যশিংনা ৱাফমসি প্রমাণ তৌরবনি। মরমসিনা বরাহকল্পগা ব্রহ্মাগী পাদ্মকল্পগা অনিগী মরক্তা য়েংনবা লৈতে।

শ্লোক ৪৮

**শৌনক উবাচ**

**যদাহ নো ভবান্ সূত ক্ষত্তা ভাগবতোত্তমঃ।**
**চচার তীর্থানি ভুবস্ত্যক্ত্বা বন্ধূন্ সুদুস্ত্যজান্ ॥ ৪৮ ॥**

শৌনকঃ উবাচ—শ্রীশৌনক মুনিনা হায়খি; যৎ—গুম্না; আহ—নঙনা হায়খি, নঃ—ঐখোযদা; ভবান্—অদোম্না; সূত—ওহে সূত; ক্ষত্তা—বিদুর; ভাগবত-উত্তমঃ—ভগবান্‌গী অখোইবা ভক্ত; চচার—চৎখি; তীর্থানি—লাইফম ময়াম; ভুবঃ—পৃথিবীগী; ত্যক্ত্বা—থাদোক্তুনা; বন্ধূন—মরীমতা পুম্নবু; সুদুস্ত্যজান্—থাদোকপদা বারবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনক ঋষিনা সৃষ্টিগী বারোল পুম্নমক মনাকোঙনা তারবা মতুঙদা সূত গোস্বামীদা বিদুরগী মরমদা বাহংলম্মী, মরমদি সূত গোস্বামীনা মঙোন্দা হান্নना হাযখ্রে মদুদি—বিদুরনা মতৌ করম্না থাদোকপদা য়াম্না বানভাই ওইবা মরীমতা পুম্নমকপু থাদোক্লম্লগা পৃথিবীদা লৈবা তীর্থশিংদা চৎখি হাযবদো।

নৈনরোল

শৌনক মনিনচিংবা ঋষিশিংনা বিদুরগী মরমদা খৌবাংনা তানীঙখি, বিদুরনা পৃথিবীদা লৈবা তীর্থশিংদা কোযকবদা মৈত্রেয় ঋষিগা উনখি।

শ্লোক ৪৯—৫০

**ক্ষত্তুঃ কৌশারবেস্তস্য সংবাদোঽধ্যাত্মসংশ্রিতঃ।**
**যদ্বা স ভগবাংস্তস্মৈপৃষ্টস্তত্ত্বমুবাচ হ ॥ ৪৯ ॥**
**ব্রূহি নস্তদিদং সৌম্য বিদুরস্য বিচেষ্টিতম্**
**বন্ধুত্যাগনিমিত্তং চ যথৈবাগতবান্ পুনঃ ॥ ৫০ ॥**

ক্ষত্তুঃ—বিদুরগী, কৌশারবেঃ—মৈত্রেযগী; তস্য—মখোয়গী, সংবাদঃ বা-নৈনবা, অধ্যাত্ম—অধ্যাত্মগী মরমদা, সংশ্রিতঃ—বিক্‌থনবা, যৎ—মদু, বা—অতৈ অমা, সঃ—মহাক, ভগবান—ভগবান, তস্মৈ—মঙোন্দা; পৃষ্টঃ হংখি; তত্ত্বম—অশেইবা বা; উবাচ—থুমখি; হ—মমাংঙদা, ব্রূহি হাযবিয়; নঃ—ঐখোযদা; তৎ—মদু, ইদম—মকমসিদা, সৌম্য—হে চাউকলেম্বা; বিদুরস্য—বিদুরগী; বিচেষ্টিতং—থবকশিং, বন্ধুত্যাগ—মরীমতাবু থাদোকপা, নিমিত্তম্—মরম, চ—সু; যথা—গুম্না; এব—সু; আগতবান—হল্লকখি; পুনঃ হন্না (সুমদা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনক ঋষিনা হাযবম্মীঃ বিদুরগা মৈত্রেযগা অনীনা অধ্যাত্মগী বিষযদা ভাউনখিবা মতমদা করি করি বিষয় ভাঙনখি হাযবদু, অদুগা বিদুরনা করি হংখিবা অমসুং মৈত্রেযনা করি থুমখিবা হায়বদু চানবিদুনা ঐখোযবু খঙহনবিয়। বিদুরনা মাগী মরীমতাশিংগা মরী থাদোরবগী মবমদুনে অদুগা মযুমদা অমুক হল্লকপগী মরম্মে অদুসু ঐখোযবু চানবিদুনা খঙহনবিয়ু। বিদুরনা তীর্থশিংদা লৈবিঙৈদা করি করি তৌখিবগে হায়বদুসু চানবিদুনা তম্বিযু।

নৈনরোল

শ্রীসূত গোস্বামীনা প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি অমসুং সংহার তৌবগী বারী লীবমনি, অদুবু শৌনক-নচিংবা ঋষিশিংদুনদি অধ্যাত্মগী ওইবা বাফম্না হেন্না তানীঙবোই তৌরম্মী মরমদি প্রাকৃত ওইবা বিষয়দগী অধ্যাত্মগীনা অবাঙবা থাক্কী বিষয়নি। মী কাঙলুপ অনীনি লৈরিবসি, অমনা অপোবা

হৃকচাওদা অমসুং প্রাকৃত জগত্তা আসক্ত ওই, অদুগা অতৈশিংনা অৱাঙবা থাক্তা লৈদুনা অধ্যাত্ম জ্ঞান ফংবা পাম্মী। শ্রীমদ্‌ভাগবতম্না মী খুদিঙমক্তা হায়বদি সংসারীদসু পরমার্থীদসু খুদোংচাবা পীনবীয়ে। প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা জগৎতা ভগবানগী লীলাগী মতাঙদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌরগা চপমান্নবা কান্নবা ফংঙী। প্রকৃতিগী নিয়মশিংদা অদুগা নিয়মশিংদুনা থবক করম্না তৌগি হায়বদুদা সংসারীশিংনা হেন্না থৱাই য়াওয়ি; প্রকৃতিগী অৱঙবা শক্তমদা মখোয়না ইকচৈ। করিগুম্বা মতমদা প্রকৃতিগী অরঙবা শক্তমদা লুপখিবা মরম্না মখোয়না ভগবান্‌গী যশোকীর্তিশিংবু কাউথোকয়ি। মখোয়না খঙফম থোকপদি প্রকৃতিগী থবক পুম্বা অদুগা মদুদগী থোরকপা অঙকপা পুম্নমক ভগবান্না হৌদোকখিবনি হায়বসিনি। লৈকোন্দা শাৎলিবা গোলাপ অদু অসুম অসুম মথঙ মথঙ ওইনা মওঙ অমসুং মচু লৌথৎলকয়ি, অদুম তৌদুনা ফজরকয়ি অদুগা মণম মুংশিরকয়ি, মসি ওইরিবসে মীৎতাঙবা প্রাকৃতিক নিয়ম অমনা ওইহনবা নত্তে: তৌবগীদি প্রাকৃতিক নিয়মম্না তৌহন্‌বা মাল্লবসু। প্রাকৃতিক নিয়মদু পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মপুঙ ফানা খঙনা খঙনা শিন্থাবনি। নত্রগদি করিগুম্বা পোৎ অমত্তনা নিয়ম নাইনা মওঙ ওইরকপা ঙম্বা নত্তে। চিত্রকার অমনা গোলাপ লৈ অমা পুর্কীঙ পুম্নমক চঙনা অমসুং অচৈবা লাইয়েকপগী ৱাখনগা লোয়ননা য়াম্না ফজনা য়েকয়ি, অদুবু অয়েকপা গোলাপ অওইবা গোলাপকুম্না পুৎশোয় শোয়দনদি ওইবা য়ারোই। মদুনা অওইবা ওইরগদি, অওইবা গোলাপ লৈরাংনা অদুনা ফজনবগী বুদ্ধি য়াওদবমথৈ মওঙ লৌবা ঙম্মী হায়না ৱরম তৌনা ঐখোয়না হায়গদৌরিবা? অসুম্না ৱারোইশনবদি ঐখোয়না খঙবা ৱাৎপদগীনি। মথক্তা বর্ণন তৌরিবা সৃষ্টি-সংহারগী ৱাফমদগী ঐখোয়না খঙগদৌবদি অসিনি মদুদি ভগবান্না মফম পুম্নমক্তা থবক পুম্নমক খঙবনানা পুর্কীঙ চঙফম থোকপদু চঙদুনা পোৎ খুদিংগী শোয়দনবা য়েংশল্লী। মদুনি ভগবান্না সর্ব্বব্যাপক (বিভু) ওই হায়বদো। ঘোর সংসারীশিংদগী হেন্না পঙবা মীতাশিংনা পরমার্থীনি হায়না হায়জৈ অদুগা মখোয় লোইনমক খঙলিবনি হায়জৈ, মদু অওইবনি হায়ননবা প্রমাণ পীদে। অসিগুম্বা অপঙবশিংনা থঙনবা পলগী মকমদা করি তৌরিবগে হায়বদু খঙদে, অদুম ওইনমক মখোয়না সর্ব্বব্যাপক অমদি সর্ব্বজ্ঞ ওইবা পরমপুরুষ ভগবান্‌গুম্বনি হায়না শেরান্নবা চাউথোকচৈ। মখোয়সু শ্রীমদ্‌ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবদি য়াম্না কান্নগনি মখোয় মচাবু পুঙখঙ খঙবনি হায়না হায়জবতনা পুঙখঙ-খঙবা ওইবা য়াদে হায়বদু উননবা মমীৎ পাঙহনবিগনি। মহাক পুঙখঙ খঙবা অমনি হায়রবদি মদুগী প্রমাণ পীবা তাবনি। নৈনিতারগী ঋষিশিংদি ঘোর সংসারীদগী অদুগা তৌশন্নবা পরমার্থীশিংদগীসু মথকথোংবা থাক্তা লৈবনি; অদুদা মহাভনশিংনা নৈনরসগুম্না, আধ্যাত্ম তত্ত্ব খঙনবা মতম পুম্বদা থোয়রাহনম্মী।

শ্লোক ৫১

সূত উবাচ

রাজ্ঞা পরীক্ষিতা পৃষ্টো যদবোচন্মহামুনিঃ।
তদ্বোঽভিধাস্যে শৃণুত রাজ্ঞঃ প্রশ্নানুসারতঃ॥ ৫১॥

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; পরীক্ষিতা—পরীক্ষিৎনা; পৃষ্টঃ—হংলম্মী; যৎ—মদু; অবোচৎ—হায়রম্না; মহামুনিঃ—মহামুনিনা, তৎ—মদু, বঃ—নখোয়দা; অভিধাস্যে—হায়গে; শৃণুত—নাকোঙনা তাবিয়ু; রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী; প্রশ্ন—ৱাহং; অনুসারতঃ—মতুঙ ইন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মীঃ রাজা পরীক্ষিৎনা হংলম্বা ৱাহংগী মতুং ইন্না মহামুনিনা পীরম্বা পাউথুমশিংদু ঐহাক নখোয়দা হায়গে, নাকোঙনা তাবিয়ু।

নৈনরোল

হংলক্লিবা রাহংগী পাউথুম খুম্বদা প্রামাণিক ওইবা রা লৌখংলগা খুম্বা য়াই। মতম তৌরগা জ্ঞান-লৈবা মীবু পেলহনবা য়াই। রায়েনশঙদস্তু নিয়মসি চংনৈ। খ্বায়দগী ফবা উকিলদি রায়েনশঙগী মমাঙগী রায়দগী প্রমাণ লৌখৎতুনা মহাক্কী বিচাবন্থ রাদবমখৈ থাঙ্গৎলী। মসিবু পরম্পরা নীতি কৌয়ি। খঙ-হৈবা মহাজনশিংনা লন্নাই ব্যাখ্যা পুথোকপগী মহুত্তা পবম্পরা অতুগী তুং ইল্লী।

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ**
**অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্।** (ব্রহ্মসংহিতা ৫।১।

অমতা চীথ্বদবমখৈ পোৎ খুদিঙমক্তা মাগী খুং চঙলিবা পরমেশ্বর ভগবানগী য়াথঙ ইন্‌সি।

অস্মুন্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অনিশুবা স্কন্ধদা 'শ্রীমদ্ভাগবতম্না রাহং পূন্নমক্কী পাউথুম্নি' হায়না কৌবা তরাশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইবে।

—:( ০ ):—





